# ꯅꯉꯕꯨ ꯉꯥꯏꯕꯗꯥ

# নঙবু ঙাইবদা

ক্ষেত্রি বীর

কচ্চবি

ইমাগী খূযাখাদা

তোল্লবনা লৈবাংজকবা

‘নওবু ঙাইবদা’






# Nangbu Ngaibada

a Manipuri Novel by Kshetri Bira, Published by Kshetri Ongbi Nalini Devi


| | |
|---|---|
| অইবা | ক্ষেত্রি বীব |
| ফোঙজবী | ক্ষেত্রি ওংবী নলিনী দেবী,<br>সুমাক লৈকাই, ককচিং। |
| অহানবা ফোঙবা | অগষ্ট, ২০০৯ |
| লাইবিক মশাং | ১০০ |
| কম্প্যুটব টাইপসেত্তিং | শ্রী খুমুকচম সবতচন্দ্রা সিংহ |
| নম্ফম | ডিজিনেৎ ওফসেট প্রিন্টর্স,<br>থোংজু বোবোই মখোঙ, কাঞ্চিপুব, ইম্ফাল। |
| মখুম যেকপা | শ্রী নাওবেম মনাও সিংহ, ওইল পেন্টিং,<br>ককচিং বাজাব |
| মমল | লুপা ১৩০ |
| © | অইবা |

# ৱাহৈ অম- নীদং

ক্ষেত্রি বীর মণিপুরী সাহিত্যগী থোইদোক্লা মশক নাইরবা উপন্যাসকাব অমনি। মহাক্কী অনৌবা উপন্যাস *নঙবু ঙাইবদা* হায়বসিনা মহাকপু অমুক হন্না মশক নাইহল্লগনি। উপন্যাস অসি য়াম্না কুপ্না থিজিন- হুমজিল্লগা য়াম্না চেকশিন্না ইবগী মমি তাই। অইবা অসিগী হান্না ইখিবা উপন্যাসশিংদগী হন্দক্কী অসিনা হেন্না মওং তাবতা নত্তনা মণিপুরী সাহিত্যদা মসিনা তোপ তোপ্পা মখলগী উপন্যাস অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

নহাবোল লালহৌবশিংগা মবী য়াম্না নকশিন্না সমাজদা হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক্তা য়ুম্ফম ওইরগা উপন্যাস অসিগী ৱারী শাগৎপনি। ভাবনা শাবা ৱারী ওইরগসু উৎলিবা থৌদোক- ৱাথোকশিং তশেং- তশেংনা থোকপা মালহল্লি। ৱারী লীবা হৈবা অইবনা অপাববু যাই থাদুনা পুবগুম হৌবদগী লোইবফাও পুদুনা চৎলি, থৌদোক- রাথোকশিং অদো মিৎমাঙদা তশেং- তশেংনা থোকপদৌনা শংশং উইহল্লি। লালহৌবা নহাবোলশিংনা মণিপুবগা মিজোরাম অমদি ম্যানমাবগা তাইনবা লমদমশিংদা তীন কাঙ মরক্তা চাবা- থকপা খঙদনা কেম্প শাদুনা লমদমশিং অদুদা লৈবিবা মীওইশিংগা করম হায়না লৈমিন্নরিবা, ভারত লান্মীগা মরক মরক্তা কবম হায়না ফুগাইনরিবা অসিনচিংবগী ৱারী অসি লমদমশিং অদুগী লম্মিৎ- তুমিৎ ফজনা তাকপগা লোয়নননা মরীক চুম্না অইবনা লীরি।

উপন্যাস অসিগী চবিত্রশিং অসি অইবনা ফজনা উৎলি। মসিগা লোয়নননা অইবনা য়াম্না হৈ- শিংনা নুপী- নুপাগী নুংশি- নুংওনগী থেক্ল- খোয়না চেল্লিবা ঈচেল অমগী অশেংবা শক্তম অদু লোন্ন- থুপ্না ৱারীগী অবোইবা ফাওবদা পুদুনা করিগুম্বদা অপাববু চম্মম্নহল্লি, করিগুম্বদা খঙনীংবগী ঈখৌলাংবা পোকহল্লি। ৱারী লীবা হৈবগী মসিমক চাউরবা গুণ অমনি।

শম্না হায়রবদা, উপন্যাস অসি য়াম্না হৈথোই শিংথোইরবা মালী অমগী হৈন- শিংনা লেংবা লৈপরেং অমনি।

(signature)

ইম্ফাল

হান্নগী প্রসিদেন্ট

৩০-০৬-২০০৯

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

## A Few Words

Kshetri Bira is exceptionally a noted novelist in Manipuri literature. His latest novel *Nangbu Ngaibada* will make him more reknown and popular. The novel witnesses the marked traces of the writer's writing it meticulously through indepth and profound research. It would not be an exaggeration to say that the novel not only surpasses his earlier works, but it is also a different kind and unique in Manipuri literature

The story of the novel is based on the prevailing intolerable incidents in the Manipuri society vis-a-vis the insurgents of Manipur. Despite being a work of fiction, the picturing events are made appear to be so vivid and real The writer, skillful in narrative art, sways the reader from the very beginning to the end spell-bound, the events are made vividly seen before the reader's very eyes as if they are real occurences. The writer gives exquisitely a picturesque description in detail about how the insurgents, careless of their food and drink, cocoon themselves in the insect infested jungles of Manipur and those of the adjoining Mizoram and Myanmar; how they co-exist with the locals; how they fight against the Indian army sporadically Besides this, he gives a vivid picture of the topography of the locales.

The writer depicts the characters of the novel excellently and faithfully In addition to this, he delineates a true picture of the inner secrets of the twists and turns of the love affairs of man and woman thereby making the reader sometimes perplexed and making him at times arouse a sense of inquisitiveness of the story till the end of the novel It is, indeed, an outstanding virtue and attribute on the part of the writer for his narrative skill.

In brief, the novel is a wreath artistically arranged by a dexterous florist.

Nongthombam Kunjamohan Singh
Ex-President
Manipuri Sahitya Parishad, Imphal

Imphal
30/6/2009

# খোঙলোয় ওইসি ঙহাক্তং

*নঙবু ঙাইবদা* ক্ষেত্রি বীরগী মঙাশুবা উপন্যাসনি। ব্বারী- মপূংগী য়ূম্ফমদি করম্বা ফিবম্না চম্না অমদি ঈংনা লৈজবা মীওইশিংবু মীরোৎ ওইহল্লকপা অমদি য়াওন-ঈহৌগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনহনখিবগে হায়বদুনি। মসিবু ময়েক শেংনা উৎলি শান্তনু, ইন্দু অমসুং বালাগী পুন্সি- শক্তম্না। ব্বারী- মপুং অসি শাগৎপদা মহৈ য়ালহল্লিবা কেরেক্তরশিংনি —শকুন্তলা, ডাক্তর আনিসা অমসুং প্রিয়া। উপন্যাস অসিগী ব্বারীদা অপাবশিংবু শুমদুনা পুবা অমসুং নুংঙাইহনবা ঙম্বা অচৌবা মগুণ অমা য়াওই। মসিনা ক্ষেত্রি বীর মহৈ য়াল্লবা উপন্যাসকার অমা ওইহল্লি।

ক্ষেত্রি বীরগী অহানবা উপন্যাস *লোৎলুবা চিঠি* দা অপাবশিংনা থেংনখিবা অপাবশিংবু কোয়পু পুদুনা চৎপা য়াম্না এদভেনচরস ওইবা খোঙচৎ অদু হন্দক্কী মঙাশুবা উপন্যাস অসিদসু থেংনৈ। মসিমসু উপন্যাসকার অসিগী মায়পাকপগী অচৌবা মগুণ অমনি। অইবগী মরমদম ককচিং অমসুং মনাক নকপা লমদমশিংদুদা শীজিন্নবা ব্বাহৈ- ব্বাতা খরা মতাং চানা অমদি অপাবশিংনা খঙবদা লুনা থোকহন্দনা শীজিন্নবা অসিমসু অইবসিগী মগুণ অমনি। মণিপুরী লোনগী পুক্কে মরিক চূমহনবদা মতেং অমসু ওইগনি।

উপন্যাস অসিগী মরমদা অমসুং উপন্যাসকার ক্ষেত্রি বীরগী মরমদা য়াম্না হায়রুবগী তঙাইফদবা লৈতে। লাইরিক অসিনা উপন্যাস অসিবু অমদি উপন্যাসকারবু অদুম মশক তাকচরবনি। উপন্যাস অসিগী মহাউ খঙগে হায়রবদি পাবা তাবনি। পারগা মহাউ খঙগনি, নুংঙাইবা ফংগনি। অদুনা পাসি, মহাউ তংসি। শান্তনু, শকুন্তলা, ইন্দু, বালানচিংবগী অব্বা- নুংঙাইগী পুন্সি- খোঙচৎকী খোঙলোয় উপন্যাসকারগা লোয়ননা ঙহাক্তং ওইমিন্নসি।

ইম্ফাল
১৬-০৭-২০০৯
শগোলশেন

(signature)
প্রসিদেন্ট
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

## Let us be partners for a while

*Nangbu Ngaibada* is the fifth novel of Kshetri Bira. The main theme of the whole story is what condition has made those persons leading a simple and peacefully settled life join the underground and made them tread to the path of revolutionary movement. This is obviously revealed by the incidents of the lives of Shantanu, Indu and Bala On making a plot of the whole story, the characters that have made it successful are Shakuntala, Doctor Anisa and Priya. The story of the novel has the quality that can hold the readers spell bound and make them get the aesthetic pleasure. It makes Kshetri Bira a fructiferous novelist.

The adventurous journey which the readers found in Kshetri Bira's first novel *Lotluba Chithi* which could sway the readers all the time has got the same tone in his present fifth novel also. It is a great quality and success of the novelist. The use of some local words, spoken by the people of the writer's native place Kakching and its neighbouring villages, in proper context thereby enabling the readers to understand them easily, without any difficulty, is also an attribute of the writer. It will help in enhancing the repertory of Manipuri Language.

There is no compelling obligation of saying a lot about this novel and the novelist Kshetri Bira. The novel itself determines the novelist's creativity and aesthetic standard. If willing to have a taste of it, one has to go through it. After perusal of it, its flavour will be known, happiness will be there. Hence, let us read the novel, let us have its relish Let us be a partner with the writer for a while in the journey of the weal and woe of the lives of Shantanu, Shakuntala, Indu, Bala etc.

**Imphal**
**16/7/2009**
**Thursday**

**Prof. I.S. Kangjam**
**President**
**Writers Forum, Imphal**

## V

# ক্ষেত্রি বীরগী উপন্যাস পারুবদা

মণিপুরী উপন্যাসপু নুংশিবা মীশিংদা ক্ষেত্রি বীরগী মমিং তাদবা য়াওরল্লোই। মহাক্কী উপন্যাসশিং কুপ্না পারুরগা মহাক উপন্যাসপু নুংশিজবা, উপন্যাস ইবগী কলা অসিবু সেরিয়স ওইনা লৌবা, মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা খুদোল তৌরিবা অইবা অমনি হায়না লৌই। মণিপুরী সাহিত্যদা উপন্যাসকী পরিং অসি লেপ্তুনা চৎথরক্লি। কমল, চাউবা, অঙাংহল, শীতলজিৎকী মতুংদা গুনো, পাচা, থোইবী, বিনোদিনিগী তোঙান তোঙানবা উপন্যাসকী মায়থোংশিং উবা ফংলে। মখোয় অমমমগী তোপ- তোপ্পা স্তাইল অমসুং টেকনিকশিং উবা ফংলি। তোকপম ইবোমচা, খুমন্থেম ইবোহল, অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, অরাম্বম বীরেন, অঙনবা শরুক্তা লৈতান্থেম রাম সিংহগী উপন্যাসশিং মণিপুরী অপাবশিংনা কাওবা ঙম্লদ্রি। মসিগী মথক্তা নহারোল নুপী- নুপা অইবা কয়াসু থোরক্লি। পূম্নমক অসি পন্দনা মণিপুরী উপন্যাসকী ইতিহাস শাগৎপা মপুং ফারোই।

অনৌবা মণিপুরী উপন্যাসকী পরিংদা ঐনা মিং অনীখক্তি অখন্ননা পন্নিংই ঃ অমনা বি. এম. মাইস্নাম্বা (ব্রজমনি মাইস্নাম), অমনা ক্ষেত্রি বীর। অইবা অনিমক মশাগী অখন্নবা গুণ লৈজবা, উপন্যাসপু সাহিত্যগী মচল পূম্নমক্তগী হেন্না লূম্না লৌবা, অচৌবা উপন্যাসকার ঙাক্তনি। অইবা অনিগী মান্নবা অমসুং খেন্নবা কয়া লৈ। ক্ষেত্রি বীরগী উপন্যাসশিং ঐহাক লোয়না পাজরে। মহাক্কী উপন্যাসশিং অসি নৈনরুরগা মহাকপু তরাই তরাইনা লৌবা য়াবা অইবা নত্তে হায়বসি পুক্নিংদা ফাওই। মহাক্কী মশিং য়াম্লবা উপন্যাসকী চেনাশিং অসি উবদা কনাগুম্বা অপাবা খরদি অহানবদা পুক্নিং নিংহন্নবা পোকপা য়াই। অদুবু চংশিল্লুরগা, হেন্না চংশিল্লুরগা, মহাক্কী উপন্যাসকী থারবা চেকপল মনুংদগী নাম্থোক্লবা হোৎনবা অরাইবা নত্তে। অইবা অমগী মসিদগী হেন্না চাউবা গুণ করি লৈরিবগে? ক্ষেত্রি বীরগী উপন্যাস খুদিংমক্তা মহাক্কী ৱারী লীবা হৈবা, থৌদোক- ৱাথোকশিং লেংশিনবদা থোইদোক্লা হৈ- শিংবা, অপাবশিংবু অরোইবা পোলোই অমা খঙনিংবগী লাংতক্লবা অমা পীবা ঙম্বগী গুণশিং ময়েক

শেংনা উবা ফংই। মহাক্না অপাবশিংবু খুৎ শমদুনা পুবগা য়েংহল্লিবা লমদমশিং, উমং-ব্রামং, চীং- তুবেল, তোঙান তোঙানবা কাংলুপকী মীওইশিং, লাইনা কাউবা ঙমদে। ক্ষেত্রি বীবগী উপন্যাস খুদিংমক, মওং অমদদি মান্নবা লংলা অমনা লেংদুনা চৎলি হায়বা যাই। মকওইনা অইবগী মফমদা যাম্না খুৎলোইবিবদি মহাক্না মণিপুব অমসুং ম্যানমাবগী বোর্দবদা খুন্দাবিবা মীশিংগী পুন্সিগী মশক, খুলশিংগী ফিভম, লম্বী- থোং, যুমলৈ-কৈবৈ, চীংনুং- মান্নুং যেকলকপদনি। হিবম অসিদা মহাক্কী লম্বা লৈবোই। লমদম কয়া চৎলুববসু, মীওই কয়া উন্নকুববসু, মহাক্না মসিগী 'নুংশিবা' অসি কাউবা ঙমদে। মহাক্কী চবিত্রশিং অসি অবোইবদা মসিদা পুবকই। ক্ষেত্রি বীবগী ঐনা উজবা মশক অমনা মকা ফোংদবা নুংশিবগী ঈচেল অমা মহাক্কী থম্মোয়দা চেনবা অসিনি। মসিনা মহাক্কী উপন্যাসকী চেনাশিংদা মচু শংদুনা শাবি- শানৌগী উন্নবা অমসুং কাযনবগী কাউঙমদবা ব্রাবী কয়া মোং- হাদনা পুদুনা চখে। অপাবশিংনা লাংতক্লনা মহাক্কী নুপা  নুপীগী চবিত্রশিংগী মবাইবকপু যেংনিংবা পোকহল্লি। মসি মহাক্কী উপন্যাসশিং হৌবদগী লোইবা ফাওবা কুপ্না পাদবা অপাবা অমনা ফংবা ঙম্লোই। উপন্যাসকী অবোইবা পন্দুপ্তুনি ক্ষেত্রি বীবগী ফজবা মশক থেংনবিবসি।

হন্দক ফোঙলিবা উপন্যাস *নঙবু ঙাইবদা* হাযবা অসিসু অইবগী পবিং অমদা নিংথিনা চৎথবকপনি। অইবনা অপাবশিংবু চবিত্র কয়াগা লোযননা তোঙান তোঙানবা লমদমশিংদা পুননবা হোৎনৈ, কুংলবা থৌদোক- ব্রাথোক্কী কুম্মৈ কয়া যেংহল্লি; অহৌবা পন্দুপ কযাদা মহাক্কী চবিত্রশিংগী অশেংবা মশক উহন্দে, অবোইবদা মখুম খুমজিল্লবা পাত্র অমা হাংদোক্কুনা মনুংদা লোৎলিবা লন- থুম ময়াম উহনবগুম উপন্যাসকাবনা মহাক্কী ব্রাবীগী লিখূন অদু কাংলকই। মসি ইচম- চম্বা গুণ নত্তে। অপাবশিংনা লেংশিনবা হৈহৌদ্রবদি ব্রাবীগী লংলা খংদনা মাংখিবসু ওইথোকই। উপন্যাস অসিদা অইবনা পীবিবা মপানগী লমশিং অমদি অবোইবদা মণিপুবগী থাপ্লবা লমদমশিংগী মশক য়াম্না কনভিনসিং ওই। অইবা মশানা থেংনকদনা অসুক কুপ্না পীবা ঙম্লোই হায়বসি পুক্লিংদা ফাওই। উপন্যাস অসিগী ব্রাবীগী লংলাদা তগুপ- তবেং ঙাল্লিবা চবিত্রশিং, মকওইনা শান্তনু, শকুন্তলা, বালা, গম্ভীব, ইন্দু, অনিসা, প্রিয়া,

উপন্যাস অসিগী মমল য়াম্নবা লিক্লু ওাক্তনি। অইবনা চেকশিন্না শাগৎলকপা চরিত্র ওাক্তনি। চীংনুং- মান্নুংগী পুন্সিগা লোয়ননা অইবনা পিবিবা লালহৌবগী পুন্সি- শক্তম অসি অপাবশিংদা অনৌবনি। উপন্যাস অসিনা ক্ষেত্রি বীরবু অমুক্কসু চেৎশিন্না মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা উপন্যাসকার অমনি হায়বসি প্রমাণ তৌরে।

(signature)

রিটায়ার্দ ডাইরেক্তর,
জে. এন. ডান্স একাদেমী, ইম্ফাল

ইম্ফাল
০৫/০৬/২০০৯

## On Perusal of Kshetri Bira's Novel

For the lovers of Manipuri novel there would be none who did not hear Kshetri Bira's name. After his novels having been perused minutely it is assesed that he has specially a mania for novel, that he takes the art of writing novel seriously, that he is rendering a great contribution to Manipuri literature. The flow of novels in Manipuri literature is continuously going on. After Kamal, Chaoba, Anganghal, Shitaljit, we have seen the different facets of novels of Guno, Pacha,, Thoibi, Binodini. We find that each has a peculiar style and technique. The Manipuri readers could never forget the novels of Tokpam Ibomcha, Khumanthem Ibohal, Aribam Chitreshwor Sharma, Arambam Biren and, in the early time, that of Leitanthem Ram Singh. Above all these, a number of male and female writers are also coming out. Without a mention of all these, to develop a history of Manipuri literature will remain incomplete.

As regards the new flow of Manipuri novels I would like to mention specially the name of two particular novelists : one is B.M. Maisnamba (Brajamani Maisnam), the other Ksheti Bira. Both the writers are great novelists who have their own exceptional geniuses, who give greater weightage to novel than to all literary genres. The two writers have many similarities and differences. I have gone through all the novels of Kshetri Bira. Having studied his novels, I feel that he is not a writer to be taken in light vein. On seeing the innumerable pages of his novel, some readers may, at first, lose heart. But, if they enter into it, penetrate still more into it, it is not easy for them to try to escape from inside the thick wall of the novel. For a novelist what is the virtue greater than this to be expected? In each and every novel of Kshetri Bira his skill in narrative art, his exeptional skill in arranging a series of events, his excellence in arousing the readers' eagerness and inquisitiveness for a denouement are clearly seen. We can not easily forget the

places which he makes the readers see by bringing them holding their hands, the forests, the hills, the rivers, the different ethnic peoples. It may be said that every novel of Kshetri Bira is, in a form, strung on the same thread. Specifically the handiwork on the part of the writer is his faithful description of the inhabitants in the border of Manipur and Myanmar, their aspects of life, the condition of the villages, their habitations, the roads, the bridges and the far-away hills. In this respect he will be second to none, no one can match him. Even if he has travelled many places, met many persons, he can not forget the 'love' of them. His characters are brought to that effect in the end. One aspect of Kshetri Bira I perceive is his unrevealed love that lay hidden in the core of his heart. This love being painted in the pages of his novels, many an unforgettable story of meeting and separation in the lot of the youths and damsels is serenely on in the novels. The readers are anxious to know the fate of his male and female characters. A superficial reader can not find it unless he reads his novels from the very beginning to the end. It is in the last chapter of the novel that we come across the aesthetic beauty of Kshetri Bira.

The present released novel *Nangbu Ngaibada* has been in a set pattern of the writer along the same line as its predecessors The writer strives to bring the readers along with the characters to different places; make them see a lot of fun of the frequent events, at last, just as the hidden treasures are shown by opening the pot, the lid of which is tightly closed, so also the writer points out the genesis of the story It is not a simple and mere quality If the readers are not alert in connecting the matrics, it is possible for them to lose unknowingly the thread of the story. The landscapes of alien lands and lastly, of the far-away places of Manipur are all convincing. I feel that if the writer himself is not personally well conversant with them, he can not give such a minutely detailed description. The shining characters in the fabric of the story of the novel, specially Shantanu, Shakuntala, Gambhir, Indu, Anisa, Priya and Bala are all valuable gems. They are all the characters cautiously

moulded by the writer. The life face of the insurgents as well as that of the far-flung corners of the hill ranges is a new experience to the readers. The novel has proved again with corroborative evidence that Kshetri Bira is a great novelist in Manipuri literature.

Longjam Joychandra
Retd. Director,
J.N. Dance Academy, Manipur.

Imphal

5/8/2009

## থাগৎনীংবা ৱরদং

*নওবু ওাইবদা* ঐগী য়াম্না ৱানা, চহী অমা চওনা ইজখিবা উপন্যাসনি। নোংমা, এম. ডি. য়ু. হোলদা শ্রী মাইবম নবকিশোর সিংহগী লাইরিক ফোওবগী থৌরমদা চিফগেষ্ট ওইবীখিবা প্রোফে. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা মহাক্কী ভাষন্দা মণিপুরী খুন্নাইগী অচৌবা সমস্যা ওইরিবা ইন্সর্জেন্সি অমসুং কাউন্তর-ইন্সর্জেন্সিগী মমি তাবা ৱারী-উপন্যাস ইহন্নীংবগী ৱাফম খরা ফোওদোকপীবকখি। মদু তশেংনা ঐঙোন্দা খুদোম্বী থিন্দুনা ইনশিল্লকপনি লৌজরুবনা তবাম্না ওকচখি। ঐনা শাগৎপা হৌজবন্নবা নুংশি-নুংওনগী ৱাবীগা লালহৌবশিংগী অৱা-অনা পুন্সি খোওচৎকা য়ানশিন্নরবা উপন্যাস অসিগী শক্তম পুথোক্লবা হোৎনজে। খ্বায়না ঐবু উপন্যাস ইবা অমা ওইনা নুংশিবীদুনা পুক্নীং থৌগৎপীবকপগী পেঞ্জবা অমসুং নুংঙাইজবনা লমজিং ওইরগা ঐ কন্না হোৎনজে, অৱাবা কয়া কাউথোকচৈ।

লাইরিক অসিনা স্ক্রিপ্তা লৈরিঙৈদা পুক্নীং চওনা পাবীদুনা থৌনা হাপ্পীরকখিবা ইয়াম্বা মাইবম নবকিশোর সিংহ, গ্রফকী মতমদা ৱাহে খুদিং নৈনবীদুনা অশোয়-অঙাম য়েংবীখিবা থোইদোক্লা ইকাই খুম্নজরবা, মণিপুরী সাহিত্যবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনবীরিবা ওজাশিং — শ্রীনোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ, প্রোফে. আই. এস. কাঙজম, শ্রী লোংজম জয়জন্দ্র সিংহ অমসুং প্রোফে. নহাকপম অরুনা দেবীগী মফমদা শিংওন্নরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে।

লাইরিক অসিবু টাইপ-সেত্তিং তৌবদা অহীং নুংথিল অৱাবা খাওবীখিবা ডিজিনেট প্রেসকী শ্রী খুমুকচম সরতচন্দ্রা সিংহ, লোয়ননা বানান্নচিংবা কৃপ্না য়েংবীখিবা শ্রীক্ষেত্রি. ইবোচাউবা সিংহ, শ্রী থিয়াম চন্দ্র সিংহ অমসুং শ্রী মোইরাংথেম শান্তিকুমার সিংহ, লোয়ন-লোয়ননা ফোর্বাদশিংবু ইংরেজীদা হন্দোকপীখিবা শ্রী নাওরেম চন্দ্রমনি সিংহবুসু ওমখৈ নৈতনা থাগৎচরি।

ক্ষেত্রি বীব

# ১

কুনমাথোইশুবা শতাব্দীগী অঙনবা চহীদা মণিপুরগী লৈমায়দা অখাকপা থমদনা চীং, পাৎ তুরেল, উমং- ৱামং, লৌবুক- লমহাং, লৈরক-খুল্লক, কৈথেল- মীরক, হৱাওবুং-শান্নবুং, লাইশঙ-মহৈশঙ, মফম খুদিংমক্তা পাক্তক্লনা ঈখেং তৈরকপা উরগা কোরৌ নোংদোন থক্তগী নুমিৎনা অকি-তুজুং লোয়নবা তুকচ্চবা উৎতুনা মায়থোং ঙাংনা অশাউবা মীৎয়েং থারকপদা নুংওন থাগী সেবাগীদমক থুংলখিবা নুংশিৎসু ওম্থোক্লা ইশৌ লাংলমখ্রে। উনা- ৱানা, উফুল- ৱাইফুলনা লম্বী- সড়ক ইচাই চাইরবা পূংজাসিদা ডা. শান্তনু, মখূৎতা বেগ অমা পায়দুনা হুমাং মরীক মরীক কানা ইম্ফাল শহরগী অৱাংথংবা মতাই, মন্ত্রী পুখ্রীগী লৈকাই অমদা য়ূম অমা থিরম্মী। মহাক্কা লম্বীদা থেংনখিবা নহাশিংদু নুংশুক নুংজানৈ, হৱাও মীনোক চেনবা ইয়াও- য়াওদে, কনাসু খঙঙি হায়রক্তে; মীশক অমসুং য়ূম তাকথোক্লদবগী চৎনবী অমা শহরসিদা লৈরমাল্লে খন্না মপুক্লীংদা ৱারৌরক্লে। অদুবু নুপাসি খক নীংহন্নদে, ফংদবা য়াদে খন্না থিরি, হংলি। মিং অমসুং লৈফম চেদা ময়েক শেংনা ইরম্লবনিনা শোয়ফমদি থোক্লে। কাইনথংদা, মহাক্লা অনীরক হন্না লেপ্লমফম থোঙ্গান্দু গম্ভীরখোয়গীনি হায়বা তাক্লক্লে। মতা ইচা চাদনা লাকচখিবগীদমক শান্তনু মচীন্দা ‘ইস’ শোল্লবসু অশাংবা স্বর অমদি হোন্দোকচরে।

অকনবা য়োৎনা ফজ- ফজরবা লৈরোং শেমদুনা শাবা গেটতু

তন্থায় হাংলি, অদুবু শান্তনু পাক হেক চঙশিন্দে, চপ লেপ্তুনা মনুংলোমদা ঙাইহাক য়েংলম্মী। মতোন্দা লিক্লি মচেৎ কূংনা নপ্পা অৱাংবা চেকপলনা কোয়শিনবা অচৌবা, মপুক থনবা ইখোলগী শক্তম শান্তনুনা ময়েক শেংনা উই। শঙ্গোম মপান অমসুং শংবান্নবা মচুনা ঈংনা ঙানবা, মথোন অনীগী য়ুমদু মতমগী খুৎশানি, মঙান চাউবতা নত্তনা মীংয়েং চিংশিল্লি। হৈপাল-লৈপালনা ফিবান চেনবা, নাল্লবা শুমাঙনা শকয়েং মিংশেল ওইদুনা নাইতোম লেপ্লিবা য়ুমগী অৱাংলোমদা খজিক্তং হন্দোক্লগা তিন্না কুপ্পা য়ুম মচা অমগা উই। হৌজিক্তি য়াম্না ৱানা থিরকখিবা মীশক্তু উনরগনি খন্না শান্তনু প্রপ প্রপ চঙলক্লম্মী। ইখোলনুংদু মহাক অদুক য়াম্না চিক্লমগনি খল্লুদে।

শান্তনু মাঙ্গোল সিট়ী নক্লা চঙশিল্লগা হৌতক কৌরুই। কনাসু খুল্লক্তে। দারি ময়াদা কূল্লিবা মঙক্তা চেন পুনবা হূইজাউদুদি ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংলি। মহাক হৌজিক্তি য়ূম্বু শোয়দনা থোরক্লগনি খল্লি। পাউখুম পীরকপা ঙাইরম্মী। অৱাংথংবা য়ুম মচাদগী অহল অমা শান্তনুবু শকখঙনবা হোৎনবদা মুন্না য়েংদুনা চঙশিল্লকই।

" কনা উনবীগদবনো? " অহলনা হংলম্মী।

শান্তনু পোৎলূম থারবগুম হরাউনা খুম্মী, " ঐ ওজা গম্ভীরখোয়গী য়ুম থিজরকপনি, করিগুম্বা পোৎ অমত্তং শিন্নজরমগে, লোয়নননা মখোয়বুসু উনজনীংঙি। "

" অদুদি লেঙশিনখিসি, ঙাইহাক ঙাইবীবা তারে। "

অহল মাঙ্গোন্দগী চৌকী লৌবা কাখৎলম্মী।

চেক্লা শত্রং পো শেমদুনা য়াম্না নান্না থাবা থোঙ্গাল লম্বীগী নাক-য়েৎতা পরেং পরেং থল্লিবা গল্লাগী বোন-শাই মখল-মথেল উপালশিংদু থোইদোক্লা পুক্লীং হুনিঙাই মশক্লি। শিৎ-নাল্লবা শুমাঙ, মচু কয়াগী লৈ, মনীংলোমদা য়েংলুবদনা, লফু অমসুং অশোক্কী নেম্বানবা বন মচা, মরক্তনা অশংবা মনা-মশীংগী ফৈদোমশিং, হেক উবদা মোগল নিংথৌরেনশিং করম্না নীংশিংলোই? অচৌবা মাঙ্গোল-ফক্লাং অহুম অমসুং কাচিন অনীদা থেল্লিবা লৈতেং পূম্নমক মমল য়াম্বা পোৎশক ঙাক্তনি। গাম্ভীর

চপ চানা ইনাক খুনবা মীনি হায়না শান্তনুগী পুক্নীংনা লেপ্লম্মী। মফম অমদগী অমদা মহাক্না অসুম লৈ- লৈদুনা য়েংলিঙৈদা অহলদুনা প্লাস্তিক চৌকী অনী শুমাঙ উরুমদা থাররে।

"ফম্বীয়ু, ইবুংঙো।" অহলনা হায়। "ইমুংগী মীশিংদি লুহোংবগী পোৎপাং পীবা চৎখি, ফনা কুইরে। য়াম্না থুনা, য়ৌবগা হল্লক্কনি হায়রম্বনি।"

"ফনি খুরা।" শান্তনু চৌকীদা ফম্মী।

অহল মীৎকী শক্তি পূম্নমক শিজিন্নদুনা শান্তনুগী পরিচয় খঙনীংবগুম অমুকসু য়েংলম্মী।

"ইবুংঙোবু ... ?"

শান্তনুনা তাকই, "খুরা, ঐ ককচিংদগীনি। মিংদি শান্তনু কৌজে। হৌজিকমক্তি ঐ গুৱাহাটীদগী লাকচবনি।"

"এ! গুৱাহাটীদগী ... ?"

" অহোয়, ঐ মফমদুদা থবক তৌদুনা লৈজবনি। "

"অদুনি ইবুংঙো, ককচিং ওইরো, কনাগী লৱাই লমগী ওইরো, মরম ওকপশিংদি, হৌজিক্কী মতমদদি মীরৈবাক্তা অচৌ অচৌবা থবক য়াম্না তৌনরে হায়।"

"ইম্ফাল মতৌ তম্বগী কান্নবসু য়াম্না লৈবনি, খুরা।"

অহলনা মতম অমদা, মহাক্না নহা ওইরিঙৈদা, ককচিংদা ষনগাড়ী পুদুনা ফৌ ৱানবা চৎপগী অমসুং লমদম অদুগী মীশিংনা শূ-নোম্বা কনবগী ৱারী য়াম্না হৈনিংনা মথং মথং লীথরকখি। গেটতগী নুপী অনী গাড়ী মচা অমদা চঙলক্নে। মখোয়দুদা য়েংলগা অহল মশা কোম্না , মীবু কুইনা ঙাইহন্দ্রে হায়বগুম, নোকফেৎ তৌই।

অহলনা হায়, "লাকপু লাক্নে, ইবুংঙো।"

শান্তনু চৌকীদগী হৌগৎলি। শুমাঙ মতোন্দা গাড়ীদগী কূমথরকপী নুপী অনীদুদা য়েংলগা মখূৎ লোম্নে, "নমস্তে।"

মাঙগী মৌ- নুপীদুসু মখূৎ লোম্নরকখি, "নমস্তে।"

তুংগী লৈশাবী মচা নোল্লুক্না লেপ্লি। শান্তনুগী কোইজানবা মতৌদা য়ুম্বু নুপী অনী ঙকপা হন্দে। চঙখোনবা অপাবা ফিজোল অমসুং পূমঙান

ঙাক্লিবা সনাগী লৈতেংশিংনা মীৎ থক্কৎহনবগী মথক্তা ফজনা মকে শেমগ্রবী মৌগা লৈশাবীগা অনীদু মচিন- মনাও ওইরিব্রা নত্ত্রগা করি মরীবু থোক্নরিগবা হায়বসু শান্তনু অসুম খল্লম্মী। অহলদুদি য়ূম্লোমদা চৎখ্রে।

শান্তনু তপ্না খঙহল্লকই, " ঐ পোৎ অমত্তং পীবা লাকচবনি। "

" করি ওইরবনো মনুংদা লেঙশিনসি। " য়ূম্বুরেম্বীনা হায়।

নুপী অনী ইমুংদা চঙখ্রে।

শকখঙনদবশিংগী মাঙদা নুপীশিংদু ফিজোন্দুগা কুইনা লেপ্লীংফম থোক্তে। কোইজানরপ শান্তনু ইমুংদা চঙলম্মী। পোৎ পীবদা ব্বারী খরসু তুংইল্লকদৌরি হায়বা মহাক খঙখ্রবনি। মহাক অচৌবা কাগী সোফাদা ফম্লুরে। ফক্লাংগী লৈতেংশিংনা মীৎ- না থক্কৎহল্লবসু মদোমদা পুক্লীং লূপ্পগী মতমদি ওইদ্রি, কুইবসু য়াবোই। শান্তনু ইমুংগী মীশিং থোরকপা ঙাইরম্মী।

অপাবা ব্বাংখৈ ইন্নফিবু অশংবা গমশানা শিল্লুরগা য়ূম্বুরেম্বী থোরক্লে। মহাক শান্তনুগা মাযোক্ননা সোফাদা ফম্লে। লৈশাবীদুদি কা অমদগী অমদা হঙ্গৎ- হন্দা চৎপা উই।

" করি পোৎ ওইরবনো থম্বীবমগদবা? অদুগা, সোম্না ... ? " য়ূম্বুবেম্বীনা হংলকখি। " ব্বারৈবীরোই, ঐ শক লাকশিনবসি ইঙম ঙমজদ্রবনি। "

" পুজবক্লিবসি চে অমনি। কান্নখিগদ্রা নত্ত্রগা কান্নররোইদ্রা হাযবদি খঙজদ্রে; মপুদা শিন্নফম থোকই খঞ্জদুনা থিঞ্জরক্লিবনি। ঐসু সোমগী শক কাউজরুবে, মমাঙদা অমুক উনখ্রবসু। অদুগা, ঐগী মিং শান্তনু কৌজে। "

" হায়বীয়ু, উনখিবসি মফম কদায়দনো? " নুপীদু শক খঙনীংবনা মাঙওইনরি।

" চহী তবামুক্কী মমাঙদা বেলগাড়ী মনুংদা উনখিবনি, দিল্লী- গুব্বাহাটী জর্নি পূনখিবনি। "

" ও! ইবুংদু সোম্নিকো! " নুপীদুনা লাউরকখি; অঙকপা অমসুং ইকাইবনা মমুল ফারবা হৈরাংগুম লুকথরগা শোল্লকই, " ঐ মিংসু খঙজহৌদ্রবনি। "

" ঐসু ইবেম্মগী মিং হংজহৌদ্রে। "

" শকুন্তলা কৌজে। " নুপীদু হরাও নুংঙাইবা উৎতুনা ইরাঙ

লাওবগুম মচা নুপীদা হায়খি, — " ইবেম্মা, চা শেল্লকউ। "

কা মনুংগী মী অনী অকাউবগী ফিজং তপ্না তপ্না হাইদোক্লখিবা মীকুপ্তা নৌহৌননা ইকাইবা অমনা অমুক পল ওইনা থৎলকখি, অমনা অমদা য়েংবা ঙম্নদে।

" মুন্না শকখঙহৌদ্রবসু অদোমগী তেঙবাং অমসুং থৌজান অদুবুদি ঐ খক কাউজখিদে, অচৌবা লমন অমা পুন্সিসিদা তোন্দুনা লাকখ্রবনি। ইথা হেক থাজদনা ঙসি উনবসি ওন্থোক্লা নুংঙাইজখ্রে। "

" ঐসু হবাওজে। ওজা গম্ভীবগী যূমসিবু ঐনা অমুক্তং থিবনবা ঈশ্বরনা ইনশিনবীবক্লে। হৌজিক ওজাবু কদোমদা চৎথোকখিবগে? "

শকুন্তলা মায়থোং লাংশিল্লি, হন্দকসু লুকথখি, অদুগা তপ্নসু হায়রকই," মহাক লৈখিদ্রে। কুইবে , চহী তবা শুবে। "

" সোরি! " শান্তনু খংপ্রেক খংবদা মশা পূম্বা নীকই, " ঙাকপীয়ু। "

শান্তনু শকুন্তলাগী অব্রাবা শরুক য়াদুনা, হৈনিংবা পূম্নমক মাঙখ্রবগুম তুমিন লৈ। মহাক্কী পুক্নীংদদি ব্রাহং কয়া পরেং পরেং থোরক্লিবনি। মহাক্কী নুংঙাইতবা উবদা শকুন্তলা মায়থোং লাংশিল্লি।

শকুন্তলা ব্রাফম হোংলকখি, " করি থবক তৌবীবনো? "

" গুব্রাহাটীদা লৈবা আই.আই.টিদা ওজা ওইজবনি। " শান্তনু যূম্নুগী অব্রাবা কোকহন্নবা ব্রাহে থিরগা মখা তাই, " অসিনি, ঐখোয় পূম্নমক ঈশ্বরগী থৌরাংদগী নাথৈদুনা চৎপা খক য়ারোই, অহান- অকোনগী ব্রানি। "

" অচুম্বনি, ওজা। "

শকুন্তলা তুমিন লৈখ্রে, শান্তনুনা মখা তারকপা ঙাইরি। ওজা হায়বা মিংগৌগা লোয়নননা খরা কোমথোরকপা শকুন্তলাগী শকফম য়েংলগা শান্তনু নুংঙাইজে।

" হৌজিক ঐনা মফম অসিদা লাকচবগী মরমদু হায়জরগে। " শান্তনু মখা চৎথৈ, " রেলগাড়ীগী থৌদোক্নুনা য়াম্না চরাংনখিবনা ওজা গম্ভীরগী হেন্দবেগ মচা অসিগা ঐগীগা ওন্নখিবা জাৎনি। বেগ অনী মশক

চপ মান্নবদগী থোকখিবনি। ঐবু হোস্পিতালদগী দিসচার্জ তৌরকপা মতমদুদা বেগসি নর্স অমনা ঐঙোন্দা শিন্নরকখি। ঐগী বেগতদি রুমাল অমগা ইনবা চেজম খরগা হাপখিবনি, অতে পোৎ করিসু য়াওখিদে। বেগ অদুবু থোইনা লুনা লৌখিদে, হাংদোক্কুনসু খক য়েংখিদে, অদুম সুট কেশ অমগী মনুংদা হাপ্পুনা থমখ্রবনি। চহী তরারোমগী তুংদা, কাইনথংসিদা, কুইদ্রি হাপ্তাবু ফাদ্রি ঐনা হাংদোক্কুনা য়েংলুবসি। ঐগী রুমাল অমসুং চেশিং অদুগী মহুত্তা দলীল অমা য়াওরম্লে। ঐ য়াম্না ঙকখি, বেগ ওন্নখ্রে হায়বা খঙলক্লে। ঐ দলীল পারে। ওজা গম্ভীরদগী কনাগুম্বা অমনা লূপা লাখ মরি পূখিবগী দলীলনি। মসি মাঙখিবনা মরম ওইরগা ওজাদা খুদোংচাদবা কযা লৈরম্লগনি খঞ্জদুনা খুদক্তা থিনবা লাকচরিবনি।”

ভাবনা লাম্বা ফংদবা ব্রাফম অসিদা শকুন্তলানা চঙক্লনা য়েংলিঙৈদা শান্তনুনা দলিল য়াওবা বেগ পীরকখি। বেগতগী দলীল লৌথোক্কুনা পারুবদা নুপীদু শান্তনুবু থাগৎনীংবনা পুক্নীং মথূম-মরাঙ হৌরক্লম্মী। মহাক্কী যাইফনবা হন্না হন্না তৌবীনবা ঈশ্বরনা থাবীরক্লবা মীশক অমনি খন্না য়াম্না ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা য়েংলকখি।

“ ঐগী ইপুরোইবদুবু ওজাদা শক্তাকচগে। মহাক ইন্দিয়ান ইঞ্জিনিয়রিং সার্বিসতা চঙদুনা ইকজিক্যুটিব ইঞ্জিনিয়র ওইরম্বনি।”

“ ও ! দায়িত্ব চাউবা মীশক ওইবীরম্বনি।”

শকুন্তলা হঙ্গোইবা খরা মাঙখ্রবগুম হংলকখি, “ ওজাগী অশেংবা পোক্লফমসিবু করি লম ওইরবনো ? ”

“ ঐ ককচিংদা পোকচবনি। অদুবু মফমদুদা লৈবদি ইফং ফংলক্তে। হৌজিকসু গুৱাহাটীদগীনি ঐনা লাকচরিবসি।”

“ ইস! অদুক লাপ্পা গুৱাহাটীদগীনিকো চেসি থিনবা লাকপীরিবসি? ”

“ হোয়, মসি লূম্না লৌজখি। য়ূমদা থোক্তবা মতম কুইমল্লে খল্লিঙৈদা চেসি থেংনরুরে, ঈরুজনীংবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা হায়বদুনি, ছুটি অদুম লৌজরবনি।” শান্তনু নোক্লম্মী।

“ হৌজিক ককচিং পাংবীগদৌরিব্রা? ওম্ভোকপনি করিনা সেবা তৌজগনি।” শকুন্তলা ইপা পাখৎলি, “ ইবেম্মা, নঙগী চাদুবু লোইদ্রিব্রা?

ওজা থেঙগনি। ”

“ থক্লবসু য়ারবনি, য়ূমসি খঙজদুনা ময়ামগা উনবা ফংজবসিমক ঐ হায়নিঙাই লৈতনা নুংঙাইজে। ”

শকুন্তলা তৌবীমল খঙবা উৎনীংবনা হায়ফম তৌফম খঙদে, ফুক ফুক হৌগৎলম্মী। চাক চরা অমত্তং চামিন্ননবা নীংশিংফম থোক্লবসু হায়হৈদবগুম অথিংবা খরা লৈরিবসিনা মহাকপু য়াম্না নুংঙাইহল্লে। অরোইবা বসকী মতম পাক্লবদা চা ফাওবা পীথকপা নংলরোইদ্রা হায়বগী লাংতক্লবা হেনগৎলে।

চা পুথোরকপী মচাদা য়েংলগা শকুন্তলানা শক তাকই, “ ইচানি, ওজা। নুপাসু নুপীসু শক্লিবনি। মপানা চহী তরুক্তা হন্দোকপীরম্লে। ”

শান্তনু লৈশাবী মচাদুদা থৌজানগা লোয়ননা, নুংশিনা য়েংঙি। মমা- মচাদু মচিন- মনাওবু মাল্লি হায়না পুক্লীংদা খনখিবদু মপান্দি থোকহনখিদ্রে । লৈশাবী মমাগী ওয়দা ফমথরকখি।

শান্তনুনা হংঙি,“ ইবেম্মা, মিংদি করি কৌই? ”

নুপী মচা ইকাইনা তাক্লকখি,“ বালা কৌই। ”

“ করি তম্লি? ”

“ সাইন্স স্ট্রিমদা প্লস টু তম্লি। ”

“ ফৈ ফৈ, কন্না হোৎনসি। ”

শকুন্তলা মরক্তা য়াওরকই, “ ককচিংদা ওজাদি কয়া কুইনা লৈবীগদৌরিবনো? থবক তাফম গুৱাহাটীদনা কনা কনা ...? ”

“ ঐ ককচিংদা কুইনা লৈবা য়ারোইদৌরি, ইম্ফালসিদা থবক খরা তৌরম্বা পাম্মী। অদুগা গুৱাহাটীদদি ইথন্তা লৈজে, ঐ য়ূম পাঞ্জদ্রি। ”

শকুন্তলা ইকাইবা নংবগুম মখা তারক্লে। শান্তনু অশোয়বা য়াওখ্রবরা খন্দুনা মমা- মচাগী নুংঙাইতবা কোকহন্নবা য়েংলম্মী। মখোয় তুমিন তুমিন লৈনৈ। শান্তনু ফুরিৎখাউদগী অপিকপা কার্দ অমা লৌথোক্লুনা টেবলদা থম্লগা হায়, “ অসিদা ঐগী ঠিকানা পূম্নমক য়াওরে। ”

“ চৎলমদাইদা অমুক্তংদি উনজনীংঙি। ” মমানা হায়।

" শোয়দনবা হোৎনজগে। অদুগা, ঐনা থিঙ্গরক্লিবা দলীল অসিনা ইমুংসিদা কান্নবা খজিত্তুং ফংহল্লি হায়বগী পাউ তাজরবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি। "

" ব্রাফম অদুমক্লি ঐনা খঞ্জরিবা। ঐখোয় পাউ খঙহল্লক্লবা হোৎনজগে। ককচিংগী লৈফম খঙলবনিনা ঐখোয় অদুম লাকচবসু য়াবে। "

" ব্রেলকম! লাইবক ফবনি। " শান্তনু শমজিল্লকই, " অদুদি ঐ অমুক য়ৌজখ্রগে। "

অচৌবা থৌদাং অমা পাঙথোক্লম্বগী নুংঙাইবগা লোয়নবা অশাংবা স্বর অমা হোন্দুনা শান্তনু হৌগৎলকখি। মমা- মচাবু থিন্দোকহন্দ্রে। গেটলোমদা মহাক খোঙকাপ লাওনা লাওনা কাল্লম্মী, বস ফংহৌররোই হায়না নুংশা থীরক্লে।

শান্তনু য়াচংবা মতমদা ককচিং য়ৌরক্লে, নুংশিরবা ময়ূমদা তপ্না চঙলকই। মহাকপু মৈ ওকপীনবা খুরাতোন থোরকই। য়ূম্লোন্নবা অঙাং অনীনা চরূ খুবাম অমা মৈ থাবদা খুরাতোনবু তেংবাংলম্মী। ঙাইহাক হরাওবা উৎলম্বা অঙাং অনী চৎখ্রবা তুংদদি য়ূমদু ইচিক চিকহৌরে। মী তাঙজবগী মথক্তা খুরাতোনগী ব্রা ঙাঙগন্দবা মতৌনসু খর হেন্না চিকহল্লবনি।

নুমিদাং ওইরক্লে। য়ূম্বু নুপা অনী চাক কনানা থোংগনি হায়বা হৌজিক ফাওবা হংনদনা লৈরি।

মী লৈজদবগী অব্রাবা মতম কুইনা খাঙলক্লবা খুরাতোনগীদমক শান্তনু ইখন খন্দবা নত্তে। মহাক্কীদি খুরাতোন্না মমা মপা শক্লিবনি। মপানা থল্লম্বা লন- থুম, লৌ- শীং খুরাতোন্না ঙাক শেন্দুনা পাল্লি। কা মঙাগী অচৌবা য়ূম , মমাঙশঙ্গোয়, অব্রাং শঙ্গোয়, খাদা থোঙ অহুমগী কৈ, পাখ্রা খুরাতোন্না লূ- নান্না থম্বদি ঙমদ্রে। পাক চাউরবা শুমাঙ শেম্বাং কাউথুম্না থূম্লে। কংলবা তুলসী, অনৌবনা মহুৎ শিন্দ্রে। তুলসীবৃংদা ধুপ- থাউমৈ থানবগী খুদম উদে। অচৌবা ষন পাবোৎকী হোৎনবদা খুরাতোন মীরক তিনবা ব্রাজরবনি হায়বা ময়েক শেংলক্লি। মহাক্না নুমিদাংগী চরাসু অয়ূক থোংবদা হাপ্পগী ব্রাফম শান্তনু খঙদবা নত্তে। শম্না হায়রবদা

খুরাতোনগী পুন্সি তম্থরকপা নত্তগা শিথরকপনি। মসিগী মরম য়াম্না চাউনা লৈ — নায়তোম হিংবা, য়েংশিনবীবা ৱৎপা। পূম্নমকসি কনানা থোকহল্লিবনো? মরক অমদি মহাক খুরাতোন্দা শাউখি। লৈখিদ্রবী মহাক্কী নুপীদুবু নীংশিংদুনা মন্থরুবগী কান্নবা লৈরা? অতোপ্পা নুপী অমা পুশিন্দুনা য়ুম্লীংবীনবা শান্তনুনা খুরাতোনগী মফমদা তত্তনা হায়জখিবনি, কান্নখিদে। হৌজিক্তি মদুগী মতম লাম্থোকখ্রে। মহাক্কী মপাসু ফিভম অসিদা মপুন্সি লেনখিবনি। খুরাতোন মমিং- মনা ফত্ত্রে, পাঙ্গল শোল্লে, মীরক তিনবদা অহলশীংদা চল্লে। মহাক্কী ৱাকৎ শান্তনুগী মথক্তা তারক্লবনি। খুরাতোন্না হায়বা ইন্দে হায়দুনা অশাউবা কয়ারক উৎলকখ্রবনি। মরম অদুনা, হন্দক্তি, ছুটি থোরকপগী তাঞ্জা মাঙহন্দনা শান্তনু লুহোংবগী ৱা লোইশিন্নরল্লগে খল্লকখ্রে। মহাক লোন্না খুরাতোনগী মফমদা ৱাশক থম্মী, নোংমদি ইমুং অসিদা নাৱা- অঙাং হঙা হঙা কপ্পগী খোঞ্জেল তাহনগনি, মাঙ্গোল থন্না অঙাং শান্নহনগনি। খুরাতোনগী নমদা মশু থোনগৎকনি। করিগী ইমুং অসি খুন্তাক লানশিবগুম অসুম্না লৈহনফম থোকপ্রা?

অসুম মী ৱাৎপগী ৱাফম খল্লুরগা শান্তনু ইম্ফালদা লৈহৌবী মমা- মচাবু নীংশিংলকই। মখোয়গীসু মান্নবা ফিভমসিদা লৈবা মাল্লি। তশেংনা মমা- মচাখক্তা, য়েংশিনবীনবা অমদি শয়েং তিংবীনবা মী লৈতনা তরক তরক লেনবা পুন্সি মরেল ওইরল্লবদি হিংবগী য়াঙলেন শরূ ওইরিবা হরাও তয়াম্বা হায়বদুদি শরুক পিক্লা থুংলল্লগনি।

পূং তরেৎ তারে। খুরাতোন্না থোংবা চাক চাবা তোকপগা শান্তনু মপান থোরকই। তূম্বা খরা ঙনমল্লি, অদুগী মথক্তা, নুমিদাংগী মতমদা অহাঙবদা ঙাইহাক চৎপসি ক্বার্টর্সতা মদোম লেনবা পুন্সিদগী হৈনরকখ্রবনি। মহাক শুমাঙদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্মী। ঙসিদি অতিয়াগী লৈচিল, থা, থৱাম্মিচাক অমসুং চীংশাং পরেং য়েংলগা মহাক পুক্নীংগী ৱারেপ চেৎশিলহল্লি। মমাঙ কাদা থাবা মহাক্কী ফমুং শেম্বীনবা মী ইকুই কুইদনা পুরক্লবা হোৎনগে, ইমম মম্না উরিবা ইমুংসি পূমঙান ঙালহল্লগে। ৱাশক অসিগা মরী লৈননা নুংদগী হৌরকপা হরাও- মীনোক মপান্দসু ফাওরক্লি।

পূংজা অমা চৎখ্রে। থাপ্লবা চীংমায়শিংদা চাক্লিবা লম্মৈ ঙমখৈ

য়াম্না চাউথোকখ্রে। লেপ্তুনা শিৎলিবা নুংশিৎনসু ঈংবগী চাং হাপকৎলক্লি। শান্তনু ইমুংদা তূম্বা চঙলক্লে।

অহীং নোংয়াই মতম্মক্লি। শান্তনু ঙক থাঙ্গৎলি, থোঙ থিল্লকপা তায়। মহাক ইঙক ঙক্লা হৌগৎলম্মী। থোঙ হাংদোক্কুনা মপাল্লোমদা য়েংলুবদা নোংমৈ পায়বা নুপা মরি থোঙজিন্দা লেপ্তুনা লৈরম্লে। ৱারী-ৱাতায়দা তাখিবা নত্তনা অসিগুম্বা ফিভমসিদি শান্তনুদু থেংনরিবসিনা অহানবনি।

নুপা অমনা হায়রকই, " ঙসিসু ঐখোয় লেকপা তারে। "

শান্তনু তশেংনা হৈনদে। তুংদা থোরকপা য়াবা খুদোংথীবদু খল্লম্মী, কিদবা য়াদবনি।

" অতোপ্পা মফম অমা য়েংবীরুবনা ফরোইদ্রা? ঐখোয়গীসিদি সেবা তৌবীনবসু লৈতে। " শান্তনুনা হায়জে।

তুংদগী অমনা ঙংদুনা লাউহৎলকখি, " মতম মাঙহনগনু, ঐখোয় য়াম্না ৱানা নাম্থোরকপনি। নখোয় ৱানীংব্রা? অদু- অদা, বে- বা তৌগনু। ঐখোয়বু চঙহন্দবশিংদু য়েক্লবনি। নঙবু নপুন্সি চুপ্পা য়ূমসিদা লৈহন্দবা ঙম্বনি খঙঙু। "

শান্তনুগী মখা পাউখুম ইঙাই- ঙাইদনা মখোয় মরি ইমুং লময়ায় য়ৌখ্রে।

শান্তনু অহীংদা থোং- থাকপগী থবক তৌখি। অদুগী তুংদা মহাক মপান্দা সম্ভ্রি ওইদুনা নোংঙানবা ঙাইরম্মী। মহাক্কী কোক মনুংদা মখল মখলগী লাল কয়া শোক্লরম্মী।

# ২

নুমিৎ য়াম্না চাইথখ্রে। শুমাঙ উরুমদা থাবা চৌকীদা শকুন্তলা ফম্লম্মী। ঙরাং পীরম্বা দলীলগী মরোল মহাক অমুকসু হন্না পারে। শেল পৃথোকপগী থবক তৌবা সোসাইটি অমনা মপুরোইবা গম্ভীরদগী লূপা লাখ মরি পৃখিবগী দলীলনি। চে অসি মাঙখিবদগী পাঙ্গল থোকখিদ্রবা মপুরোইববু শেল থৌরুবদা অপৃবশিংনা উশিৎপীরকখিদবগী নুংঙাইজখিদবশিংদু অসুম নীংশিংলকই। দলীল অসিনা মরম ওইরগা হৌজিক্তি মহাক মায় পাক্না শেল থৌরুবা ঙম্লগনি, ফংবা নত্ত্রগা ফংদবগী ৱাফম্না অমনি। ফংদবসু য়াব্রা? মসিবু য়াম্না ৱানা থিনবীরক্লিবা, শান্তনুগী পুকচেল চাউবগী ৱাফমসু তরাই তরাই খন্দোকফম থোক্তে। তুং কোইনা কাউথোক্তবা ফৈ। মাঙগী ৱাথোক, তুংগী ৱাফম কয়া নৈনবদা মহাক মশাবু কাউবগুম তৌই, বালা থোরক্তুনা মনাক্তা ফম্লবদু খঙখিদে।

বালানা হংলকখি, "ইমা, দলীল অসিনা করি কান্নখিগদৌরিবগে?"

শকুন্তলা উইশিল্লুবা মমিৎ তপ্না পাঙথোক্লগা খুম্লকখি, " নঙবু পারবা নত্ত্রা? নখোয় বাবাদগী কংলা দিভলপমেন্ট সোসাইটি হায়বা অমনা লূপা লাখ মরি, চাদা থা অমদা শেন্দোয় লূপা অনী পীবগী হীংদা পুখিবগী মরোলনি। বাবানা ঐঙোন্দা ৱাফমসি তাক্লম্লবসু দলীল শিন্নরম্বদি ঙমখিদ্রে, মাঙখ্রবনি। মদুনা অৱাবা অমসুং খুদোংচাদবা কয়া থোকহনখি। মহাক শেল

অরেম্বদা মাঙখিদনবা কন্না হোৎনখিবনি, অদুবু মাযথীখ্রে। মমৈথংদা ধর্ম্মগী লম্বী য়েংবীয়ু হায়জবা নত্তনা উপায় লৈখিদ্রে। অবানবনা অচুম্বা শক্লবগী শবৌদা মহাক যাম্না খাঙঙমখিদে। নখোয় বাবা লৈখিদ্রবা মতুংদা ঐ সোসাইটিগী মীশিংদুদা শেল থৌবা চৎলুই। মখোয়গী কবেম্নবা ব্রাঙাঙশিংদুনা থম্মোযদা তাশোন্না লেংবগুম নাহনখি। ঐ কপ্লগা হল্লকখিবনি। হৌজিক্তি মখোয চেনবা যাববোই, দলীল লৈবে; ঐখোযগী পাঙ্গল হাপ্লবে। অদু ওইদুনসু, যেংঙু ইবেম্মা, ফত্ত-লৌশিংনা থৌবী তাববা কাঙবুদুনা ইবায লাযনা শেল শিংলক্কদবা মান্দে, মুক্লগদৌবি। অচম্বা শেন্দোয খক্তনা লূপা লাখ তবা লাল্লনল্লগনি।"

"শিংসু শিংদনা হেক্ত। শিংখ্রে হাযনা নম্বা ঙল্লিবা মখোযবু তাইবং মীবা, শাবা? অদুক যাম্না ধর্ম্ম লৈতবশিং অদুবো?"

"ইবেম্মা, মসি পূম্নমকসি নখোয বাবাগী মরূপ শাবা মনি হাযবা উকিলদুগী খুজীন্দগীনি। দলীলসি মানা ইবনি। মসি মাঙখ্রবদা নখোয় বাবানা মঙোন্দ' মরূপ্পি হাযবগী থাজবা থমদুনা অশেংবা ব্রা তমখি, অনৌবা অমা ইননবা সোসাইটিগী মীশিংবু যাহন্নবা শীনবীয়ু হায়জখি। হোয় হাযনল্লগা থবক্তি অদুম পায়খৎখিদ্রে। নোংমতসু বাবাগী অনাবা হংবা লাকখিদে। অদুগা তুংসিদা ঐবু লুখ্রা ওইরে মতাগুম কয়াগী মতিক উশিৎপীখিদবা, মদু কনানা খাঙগনি!

শকুন্তলা ঙাঙবা চপ লেপখি, মপি তৈথোকই। বালা মমাগী অশাউবা অমসুং অব্রাবদা শরুক য়াদুনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈ। মহাক্কী পূক্নীংদা খঙনীংবা অমনা কন্না তকশিল্লক্লে।

"ইমা দলীল অসি মতৌ করম্না মাঙখ্রিবনো?"

ব্রারী য়াম্না শাংঙি তাকপগুম শকুন্তলা স্বর শাংনা হোল্লি, মথক্লোমদা মীৎফম থন্নগা ঙাইহাক তুমিন নীংশিংঙি। তুংদা মহাক মচা নুপীদা তপ্না লীরকখি।

— নখোয় বাবা দিল্লীদা লায়েংবা চৎপা মতমদা নঙগী চহী মঙা হায়রক্লে। ওপরেসন তৌগদবা মতম থা অনীগী তুংদা লেপ্লকপদগী ঐখোয় য়ুমদা অমুক থোরকখি। এরোপ্লেন তোংদনবা ডাক্তরগী পাউতাক ইন্দুনা

ঐখোয় রেলগাড়ীগী এ.সি. টুদা লাকখি। রেল মনুংদা বাবা হকচাং কন্না ঙমখিদে। মহাক্কী সেবাদা ঐ তৃপ্পা ফংখিদে। ঐখোয়গা থংনবা, মায়োক্লবা সিটকী নুপা অনীদু জেন্টলমেন শারগা মীৎয়েং নায়েংদি লৃজদে, য়ুসু থকই। ঐ মপান- ইপান থোকপদা য়াম্না চেকশিঞ্জরম্মী। লোয়ননবা লৈতে, ইথন্তা কিনা কিনা চৎলি। মহৌশানা এ.সি. কম্পার্টমেন্টশিংদি পোৎয়োনবশিং তোয়না লাক্কে, মী ইরাঙ লাঙদবনি। মোগল শারাই জঙ্কসন লাম্থোরকপা মতমদা ঐ মপান থোকপা তোইলেৎ তম্না চৎলম্মী। ঐনা তোইলেৎতগী থোক্লবা থোঙ হাংদোক্লবগা নুপা অমনা থৎলগা ঐবু মনুংদা ইনশিন্নবা হোৎনবকখি। নুপাদু ঐখোয়গা থংনবা সিটতা ফম্বদুনি। মহাক ঐগা কন্না মুক্লে, যাম্না উশিত্তবগা লোযননা হেঞ্জিনবা পাঙ্গল শিজিন্নরকই। ঐনা মখজাইদা খৃবাক্লা থারগা কন্নসু লাউবম্মী। ঐ শোযবা তাবে খল্লকপা মীকুপ্তা নুপা অমনা বদমাশ অদুবু তুংদগী মশম লাক্কুনা চিংথোক্লগা মমায়দা কিন্না মশীং খঙদনা থিনখি। নুপাদু মৈতৈনি, নহানি, ছাত্রসু মাল্লি। মী খবসু চেনশিল্লক্লে। ঐ ইকাইমনবদগী কবিমত্তা ঙাঙদনা ফমফমদা লাক্লে। বাবাগী মাঙদা নুংঙাইতবা উৎনীংখিদে, তুমিন্না ফম্লম্মী। ময়াং মীফত্তদু হল্লকখিদে। ঐবু কনবীখিবা নুপাদুসু ইনাক্তা লাকখিদে। মহাক কদায়দা ফম্বনো হায়বসু খঙদে। মঙোন্দা করি থোক্লমগনি খল্লুবদা ঐ খক লৈতাফম খঙলমদে। মিনিট মঙারোমগী তুংদা, মৈতৈ পাখংদু নখোয় বাবাগী ঙমদবা মতৌ যেংলগা ঐখোযগী ফমফমলোমদা নকাশিল্লকখি, ঐঙোন্দা করিনো খরা হায়নীংবগুম তৌই। মহাক্কী থৌজানবু থাগৎফম থোক্লবসু ঐ মহাকপুদি কৌশিনবা ঙমখিদে। মহাক চৎখ্রে।

ঙাইহাক্কী তুংদা য়ুঙাওবা মযাং নুপা মমিৎ- মমায় ইপোম পোম্না লাক্লগা মহাক্কী মরূপ্তা ওইদবা ব্রা য়াম্না তমখি। নুপা অনীদু হৌগত্তুনা চৎখ্রে। শোয়দনা মৈতৈ পাখংদুগা খুৎ থোক্লরগনি খল্লুবদা ঐ হেন্না হেন্না লৈফম খঙলমদে। কুইদে, খরা লাপ্তুক মী লাউন-খোংনবা তারে। ঐগী ব্রাথোক্তগীনি খল্লুবদা ঐ থক থক নিক্লম্মী। ঐগী ইতৌদু নখোয় বাবা ঙক্লা য়েংঙি। তাক্তবা য়াদবা মতাং ওইবনা থোকখিবা থৌদোক্তু মঙোন্দা তম্লে। মহাক হৌগৎকে তৌরম্মী, অদুবু ঐনা খামখি। ঐবু কনবীবা নুপাদু

মৈতৈনি হায়রুবদগী মহাক খরা হেন্না নুংশা থীখিবগুম তৌই। নুপাদু ঐখোয়গী নাক্তা কৌরুনবা ঐঙোন্দা য়াম্না কন্না তকশিল্লকখি। ঐ ইকাই ইকাই, য়াম্নসু কিনা , লাউনফমদা চৎলম্মী। মৈতৈ পাখংদুদা ঐখোয় নাক্তা লাকপীনবা হায়জরুই। খৎনবা নেমথগ্রে। পাখংদু মপোৎ- মচৈ পুরগা ঐখোয়গী সিটতা লাক্লম্মী। মহাক্কী তুংদা নুপা মঙা- তরুক মরী মরী ইন্নরক্লে। মখোয় বাবাগী ঙমদবা মতৌ য়েংলগা য়ুথকপশিংদুদা অমুক হন্না লাওদনবা হায়রম্লগা চৎখ্রে। মৈতৈ পাখং বাবাগী খুয়াদা ফল্লম্মী। মহাক্না বাবাদা ব্রা খরা হায়গদবগী লৈশিল্লকপগা ময়াং য়ুথকপদুনা পেটিনা মকোক্তা কল্লকখি। পাখং ফুক হৌগৎখ্রে, খুৎ ফজনা হনখি। মী অনীগা লম্বা তৌনবদা নোপ্তে। অদুবু মহাক্কী মফি- মরোন্দি ঈনা লূপ্লে। থংনবা কাশিংদগী হুপশিল্লকপা মীয়াম্না ফুনবা খামদোক্লরম্মী। খুদক্তুদা চেনশিন্নরকখিবা ইন্সপেক্তর অমনা লুচিংবা নোংমৈ পায়বা আর.পি.এফ সিফাই তরামুক্লা ফুনবশিং ফারগা পুখি। মৈতৈ পাখংগী কোক্তা খরা থীনা শোকখ্রে হায়নহৌই। ময়াং নুপা অনীগী ময়া অমসুং মনাতোন্দগী তাহৌবা ঈনা কম্পার্টমেন্টতু পূমঙাং ঙাংলে। ময়াম পুম্নমক ইশা শাগৎনা উই। ”

ব্রারী তারিবা বালা মরক থৎলকখি, “ ঙাইখো ইমা, মৈতৈ পাখংদু ঙরাংগী শান্তনু হায়বদু ওইরমগদবা মাল্লে। ”

“ মানি, ওজা শান্তনুনি। ” মমানা খুল্লম্মী।

“ অদুনী তুংদা মহাক্না খক উনখিদব্রা? ”

“ হোয় উনখিদ্রে। ” শকুন্তলা মখা তারকই, “ ঐখোয়না মহাক্কী মিং, লৈফম শিনফম্নচিংবা করিমত্তা খঙহৌদ্রে। থিরুনবা উপায়সু লৈখিদে। মহাক নোংমদি ঐখোয়গী খোঙ্গুল লীরকপা য়াই হায়না ঐখোয় খন্নরম্মী। নখোয় বাবানা বেগ ওন্নখিবগী ব্রাফমসি টাইমস ওফ ইন্দিয়াদা ফোঙখি, অদুবু কান্নবদি ফংখিদে। অঙকপনি চহী তরাগী তুংদা ঙসি মহাক্না বেগসি পীবীররে। ”

ঙাওনা ঙাওনা শকুন্তলা মিৎলুগী পিসু তৈথোকই। লৈখিদবা মপুরোইববু কৌরকই, ব্রাকৎ য়াওনা ঙাওলম্মী। রেলগাড়ী মনুংদা মমা- মপা অনীনা চাক্লমগদবা ময়ামদু খল্লুরগা বালা শাওনীংবনা প্রোক প্রোক চাক্লম্মী।

মহাক ফুক হৌগৎলুরগা মমানা মখা তারকপা ঙাইবদা অমুক ফন্নে।

বালানা হায়, " ইমা, শান্তনু অফবা মীনি। "

মমা য়ানীংবা উৎলি , মখা শমথৈ, " ইবেম্মা, পুকচেল চাউরবা মহাক্কী মফমদা ঐখোয়না তৌবীমল খঙবা উৎনবা পাঙ্গল ইথোক থোক্তবসিনি লাইবক থীবা হায়রিবসি। "

বালা মুন্না খল্লগা হায়রকই, " ইমা ওজাদু মতম খরা ককচিংদা লৈখিগনি হায়রম্মী। মহাকপু মরকসিদা চাক চরা অমত্তং পীজদুনা ইকাই খুম্নফম থোকপনি। "

" ৱাফমদু ঐসু খল্লম্লিবনি। "

নুমিৎ তাখ্রে, মমশিল্লক্লে। মমা- মচা ফল্লম্বদগী হৌগত্তুনা ইমুংদা চঙখিরম্মী। শকুন্তলানা চাকখুমগী, বালানা ধুপ- থাউমৈ কৎপগী থবক হোৎনরম্মী।

চাক থোংনা থোংনা শকুন্তলা দলীলগী মরমদা খল্লি। — ' দলীল ইবা উকিল মনিনি। মহাক্কা হান্না অমুক্তং উনরগা তান্নফম থোক্লিব্রা? পুকচেল শেংবা মী অমা ওইরন্নবদি মহাক ঐনা শেল থৌবা চৎপদা পাংবীরমগদবনি। নোংবান শক অদুদা হৌজিকপু অমুক নোঞ্জরুখিগদ্রা? কান্নদবা ৱানি। সোসাইটিগী মীশিংনা দলীল অসি অশাবনি হায়রক্কনি। হৌজিকসু চেন্নবা হোৎনরক্কনি। মনি মখোয়গী মীচঙদা লেপখিবা শোয়দ্রবনি, নত্ত্রগা ঐবু মখা পোল্লু হায়রক্কনি। ঐ লন- থুমগীদমক ইজ্জৎকা শস্তাইনবদি ঙল্লোই, কোর্ত য়ৌনবা তাবনি। মতমদুদা লৌতুনবা য়াওখ্রবা মনিগী মশোং হেন্না হেন্না ফনগৎলক্কনি। অদু ওইরবদি কনাগা তান্নরুসিগে? শেলগী কানি , ৱা ৱা লাউবসু ফত্তে। ওস্থোকপনি ঐগী মীসি তাঙখ্রেদকো! ' শকুন্তলা মপি খাম্মী। মহাক কপ্পী অমুক ফুদোকই — ' হেরা, পাপীশিংদুদা করিগী নোঞ্জরুদগে? মনিবু কোর্ত্তা কৌখৎহনগনি। মখোয়গুম্বদি থমখো, প্রসিদেন্ট, প্রাইম মিনিষ্টর ফাওবগী মথক্তসু লৈবাক অসিগী আইন্না ৱায়েল বিচার চৎথরিবনি। হে ঈশ্বর! অঙাং ওইজরবসু ইচানা নুপা ওইরন্নবদি ৱাখলসি খরদি চাউথোকচরমগদবনি।

নুমিদাং থাবন্দা শকুন্তলা মপান থোরক্তুনা মচানা শুমাঙ

অকোয়বদা তপ্লা তপ্লা চৎলিবদু য়েংলম্মী। নৌরিবা কোকথক্তা ব্রাখল পোৎলূম্মা ননবদু উরগা মহাক থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইজদে। মহাক মশাসু হৈখোঙ-লৈখোঙ খুদিংদা পান্দম য়াওদনা চঙলুই। নীংশিংলকপা ময়াম্মা ঙসিদি পুক্লীংবু ইনৌ নৌহল্লি। অতিয়াগী থাজনা মহাক্কা ব্রারী শান্ননীংবগুম য়েংলি। অইংবা নুংশিংনা তোয়না তোয়না ফিজি ফিনাদা হুন্নবদু মতা ইচা চাদনা মঙোন্দা লক্লরবনি খল্লি। পোমশাৎনবী লৈরাংশিংগা মচানুপীগা চাংদম্নবগী শৈরেং অমদুম ইনীংলক্লে।

" ইবেন্মা, চঙলসি। " শকুন্তলানা কৌরকখি, " ঙসিদি ইচাগী লৌশিং ইমাদা দরকার ওইরে। "

বালাগী ব্রাখল তুংদা- মাঙদা, থাপ্লা থাপ্লা, য়াম্নসু য়াঙনা চৎখিবনা মমানা কৌরকপদু তাখিদ্রে। থাবল ঈপোমগা দলীলগী ঈনিলগা পূনখিবনা মহাক তরংদা তাউরিবনি। নুমিদাংগী পূংশীং হেনগৎলক্লবদা মমানা অমুকসু ইমুংদগী কৌরক্লে।

বালানা ইমুং চঙলকপদা মমানা চানবা থৌরাং শীনবা লোইশিল্লম্লে। মখোয় পূং তরেৎকী মমাঙদা চাথোকপগী লৈবী লৈরকপনি। ঙসিদি ফনা য়াম্না থেঙথরে।

শকুন্তলা মহৌশাগুম ঙসিসু পূং তরা ফাওবা মচানা লাইরিক পাবা শঙখি। অসিগুম্বা মতমসিদা মহাক শৈরেং নত্ত্রগা ব্রারী মচা হেক হেক ইবনি। শিনফম অসিদা মপুরোইবনা মহাকপু পুক্লীং থৌগৎপীরম্বা, মশানদি পাঙজদবনা লাইরিক অমদগী হেন্না পুথোকপা ঙমজদ্রিবসি খল্লুরগা কপ্লীংবসু পোক্লি।

ঙসিদি শকুন্তলাগী কলম ইচৎ চত্তে, চপ চপ লেপ্পী। নীংশিংবগা খল্লুবগা য়েৎশিন্নরকপদগীনি। তুংদদি নীংশিংবনা নমহৎখ্রে। রেলগাড়ী মনুংগী থৌদাক ময়েক শেংবা হেনগৎলকখি। নুপীবু ইন্দ্রিগী অপেনবা তানফম পোৎশক্লিখনবা নুপাশিংগী ব্রাখলসি কয়াদা তোনখ্রবনো! মপাম্থোংদা অফবা শাশিন্নরগা মনুংদনা হল চঙবা, করাম চাউবা ময়াং নুপাগী মীৎয়েং, মহাক ফজনা খঙখিবনি। শান্তনু লৈরমদ্রবদি মহাক করি থোক্লমগনি, রেলগাড়ীদগী চোংথদুনা মথন্তা শিজরম্বসু য়াই। অসুম মথং

মথং খল্লুরগা মহাক থক থক নিক্লম্মী।

শকুন্তলা শান্তনুগী মরমদা খঙনীংবনা খনবদসু য়াওশিল্লকই। মহাক্কী মরমদা হংনীংবা ব্রাফম কয়া লৈহৌরি। মতম অসুক কুইবসি মহাক্লা বেগ হাংদোক্কুনা য়েংখিদে হায়বসি অঙকপনি; থাজনিঙাই ওইরিব্রা? বেগকী মনুংদা থোইদোকপা দরকার লৈবা পোৎ হাপখিদবা অমদি মদুবু শিজিন্নখিদবনা মখোয়দা অব্রাবা অমা মায়োক্লনবা মরম ওইখ্রিবনি। মসিমক্তি শান্তনুগী থৌশাদবদগী থোকপনি হায়বা লানগনি। মহাক থৌদাং মশক খঙদবা শীংদা চনবা য়ারোই।

শকুন্তলাগী ব্রাখল মখা চৎথবকই — ' শান্তনু চহী কয়া শুরম্লগনি? কুন্থ্রাগী ময়ুনি। য়ূম পান্দ্রি হায়বগা লুহোংদ্রি হায়বগা খেন্নবা লৈব্রা? মহাক্লা হৌজিক ফাওবা লুহোংলমদ্রিবসিবু মথৌ চিনমনবদগী ওইবমগদ্রা? থবক চিনমনবদগী লুহোংবা ফংদে হাযবসিবু খ্লাযনা তানীংগদ্রা? আই. আই. টি.গী ওজাশিংগী থবকসিবু কযামুক যাম্না চিনবা জাৎনো? মহাক থবক্তুদা চঙবা কযাম কুইরম্লনি? মমাঙদা কা হেন্না চিনবা থবক অতৈসু তৌরম্বা য়ারি। ' মখল- মথেলনি শকুন্তলাগী ব্রাখন্দা অসুম লাকখ্রিবসি, লোইবা নাইদে।

ফমুংদা কৃন্দুনা লাইরিক য়েংলিবী বালানা হংলকখি, " ইমা, দলীল ঐখোয়গী খৃৎতা লৈরে। মসি উরবদি মখোয় সোসাইটিনা শেল শোয়দনা শিংলকফম থোক্লনে? "

মমানা খুম্মী, " অদুনি ঐনা খল্লিবসু। মখোয় নমথাক চেল্লি, হূরানবদগী হেন্না তোল্লি, মুক্নবা থোক্কনি। হায়বদি, কোর্ত য়ৌনবা তারি। "

" কেশতা তারবদি, শেল পীরগা নেক্লুবা উকিল নত্তনা মতমদুদা ঐখোয়গী মীচংদা লেপ্পীগদৌরিবসি কনানো? "

" অচুম্বা ব্রায়েল। "

" চুম্না ব্রায়েল তৌদবা বিচারপতিশিংগী মথক্তদি কনানা দণ্ডি পীবগে? "

" মদু য়ৌশিল্লক্লবদি ইমাসু খঙদ্রে, ইবেম্মা। ঈশ্বরগী খৃৎতা শিন্নবা নত্তনা উপায় লৈতে। হয়েংমক ঐখোয় অনী চত্তুনা সোসাইটিগী মীওই খরা উনরুসি। মখোয়গী থম্মোয়নুংদা অচুম্বা ধর্ম্ম চঙখিবসু কনানা খঙগনি। "

শকুন্তলা নোকখি হায়বা খঙজদে।

"ইমা, মদোমদা আশা তৌরুনিঙাই লৈতে। ঐখোয়গী ওইবা মী খরগা চেকশিন্না তান্নরগা থবক চঙশিনবা ফগনি খল্লি।"

"অদুনিদনা, ঙসাইনা ইমানা নঙগী লৌশিং পান্মী হায়খিবদু। কনানো ঐখোয়গী লৈরিবসিবো? নখোয় পুপুগা তান্নরুবদা লৌশিং থোক্লোই। ব্রাফম অমনা, লূপা লাখ খরা সোসাইটিনা শিংগদবা লৈরে হায়বা নাকোং খরা লানখিবদা ইমা- ইচা হিংবদা খুরৌ চেল্লবনি, মতমসিগী নুংশিৎনি।"

"ইমা, পঙকিসু কিদবা ফৈ। বাবানা অদুক ব্রানা তাঞ্জরম্বা শেলবু অরেম্বদা হন্দোকখিফম থোকপ্রা?"

"মীচঙ, উপায় লৈজদবগী ব্রাফমসিদা হেক্তা তারকই। য়েংঙু, চহী তরাগী শেন্দোইগা পারুরবদি শিংগদবসি লূপা লাখ তরামঙাবু হেল্লন্নগনি। লন- থুম মিহৌবা ফত্তে, মীরায়বসু চুমদে। ঐখোয়গী ইরল ফংনবা চেকশিন্না হোৎনফম থোকই।"

বালা মখা তারকখিদ্রে। হৌজিক পূং তরামাথোই নকশিল্লক্লে। শকুন্তলা কলম থাদোক্তুনা কাঙখল থারম্মী।

ঙসি শকুন্তলা তূম্বা ইয়া য়াদে। মাঙলুরবা দলীল অসিনা মহাকপু য়াম্না ওলাংহল্লি। অব্রাবগীসু, নুংঙাইবগীসু। বালাগী চউম্বা নুমিৎতা মপানা থম্বীরম্বা লূপা লাখ অমগী ফিক্স দিপোজিৎ লৈ। মহাক্কী লুহোং-খোংদোংবগী মতম লাকপদা শেল- থুমগী চিন্তা তৌরুনিঙাই লৈত্রে। অহল- লমন্না খুঙ্গংগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা থম্বীরম্বা লৌ পরী তরা লেঙদনা লৈরি। মখোয় য়াম্না ইনাক খুনবা নত্তবসু লাইরৈ হায়বদি য়াররোই। হোয়, মীদি খম থেংনা লৈজদ্রে। সোসাইটিনা করিগুম্বা শেনফমসি শিংলক্লবদি মীয়ামগীদমক মশক থোকপা থবক অমা পাঙথোক্লগে হায়না শকুন্তলা চপ চানা খল্লক্লে। মদু করি থবক্লা ওইগনি? মপুরোইবা গম্ভীর সাহিত্যদা পুক্লীং য়াম্না লুপচরম্বনি। অইবা অমগী গুণ শাফোংনবা হোৎনরকপা মীকুপ্তা ঈশ্বরনা লম্বী থৎপীখি। মহাক্লা পামজরম্বদু য়েংলগা সাহিত্যগী মনা অমা কৎফম থোকই। হৌজিক ফাওবদা সাহিত্যগীদমক লমদমসিদা পীনরিবা

মনাশিংসি পিকমনখ্রে। অচৌবা মনা অমা কৎপা ঙম্লবদি মপুরোইবগী আত্মানা পেনগদবা মাল্লি। হোয়, তৌবগীদি মনাগী মনা ঙাক্তা, মায়কৈ খুদিংদা, সংস্থান কয়ানা সাহিত্য চাউখৎহনবগী পান্দমদা, অইব- অইবীশিংবু পুক্লীং থৌগৎপগী মিংদা মনা কয়া কৎলি। মীৎয়েংসিদা য়ানীংদবা অখণ্ড- অহে সাহিত্যকার কয়া অমা লৈতবসু নত্তে। মখোয়গী তর্কদা অচুম্বা য়াওরি। অদুবু পুথোক্কদৌরিবা মনা অদুনা দোষ পক্তবা অচৌবা মনা ওইরবদি মীয়াম্না থাগৎনগনি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অমত্তং দলীল অসিনা থোকহনবা ঙম্লবদি মসিবু থিল্লকখিবা শান্তনু হায়বদুসু য়াইফরবনি।

অসুম খল্লম্বদগী শকুন্তলা কাঙখল মনুংদা দলীল অমুকসু হাংদোক্লুই, শাক্ষীগী ব্রাফম নীংশিংলকপদগীনি। সাক্ষীগী সহিদু তখেল্লম্বম কালা হায়বা অমগীনি। মহাক সংসারসিদা লৈত্রে। মসিদগীসু অশোয়বা অমা লাক্কদৌরি। ইস! করিনো? কোর্ত্তা উকিল মনিবু কৌখৎকনি, সাক্ষীবুদি ঙম্লরোই। মনিনা কৈদৌঙৈদসু পুকচেল চাউবা উৎলক্করোই। কালাগী সহি অশেংবা নত্তে হায়রক্কনি। ফরে, অদুবু পৈসা পূবশিংগী সহি লৈরি, অইবসু হিংলি, য়েৎননবা চাউনা মরম লৈ। অদুগা, অসুক কুইবসি কেশ তৌদনা করিগী লৈরক্লিবনো হায়না হংলক্লবদি করি খুম্বা তাই? দলীল মাঙখিবগীনি হায়বা পাউখুম্না অশোনবা কুপখৎপা ঙমগদ্রা? মতাং অসি য়ৌরকপদা দলীল মাঙলুবগী ব্রারী শান্তনুনা সাক্ষী পীবীবা য়াই। মহাক মথৌ য়াম্না চিনবা মীশক ওইরবসু ঐখোয়গী তেঙবাংগীদমক শোয়দনা চোংথোকপীরক্কনি থাজে। ফরে, হয়েংসি অফবা উকিল অমত্তং তান্নরগে। মদুগী মমাঙদা সোসাইটিগী মীশিংদু হান্না অমুক্তং উনথোকপনদি চুমগনি। মখোয়গী ব্রাঙাঙ তারগা মখা থবক চৎথবা ফৈ।

ব্রাখল ময়ামসিনা শকুন্তলাবু তূমহন্দ্রে। মহাক্না কাঙখল হাইদোক্নুনা হেক য়েংলুবগা মচা নুপীনসু ওনশিল্লকখি।

বালানা হায়রকই, " ইমা, ওজা শান্তনুসি য়াম্না খণ্ড হৈবা মীশক মাল্লি। মহাক্না অমুক্তং তান্নরুবদা করি অকায়বা লৈবগে? "

মচানুপীগী ব্রাফমদু মঙোন্দগী মখা চৎথরকপগুম থোকখিবনা শকুন্তলা ইঙক ঙকই।

" করিসু কায়দে। ইকাইজবগী ৰানি, লমলানবা মীতোপ ওইবদুদা। তোন্দুনসু লৈরবসিদা মীচং- শঙ্গন কনবা শানীংবা সংসারগী লোনচৎনি। "

" খঙন- চান্নবনা য়োল্লবসু অততাইদি তাঙবনি। নুপা অদুনা মতম মাঙনা পৈসা তিংনা চেসি থিল্লকখি, অরেম্বদা তাহন্নীংফম থোক্তে। ঐখোয় মঙোন্দগী পাউতাক ফংগনি খল্লি। "

" ইচাগী ৰাখল চুম্মী। ইহান হানবদা ঐখোয় মহাক্কা উনদুনা তান্নবা ফৈ। মহাক্কা খোঙফম চেৎনা সাক্ষী পীবীদ্রবদি ঐখোয়গী কেশ মপাঙ্গল লৈরোই। "

" করি নুমিৎতা চৎসিগে, ইমা? ওজাদু থবক চিনবনি, থিম্থররোইসি। "

" থীম্থবা য়াদ্রে। মহাক মফমদুদা কুইনা লৈরোই। হয়েং হংচিৎ, নোংম- নিনিগী মনুংদা চৎথোক্লসি। "

" এ! ইমা নথন্তা চৎলো। হয়েংদগী হৌরগা নুমিৎ মঙানি ঐগী য়ুনিৎ টেষ্ট লৈরে। "

" ইস! ইথন্তা ...? মহাক ঐখোয়গা করিসু থোক্লদে। মহাক্কী লৈফমদুসু অনকপদা নত্তে। লন- থুমদা হেনমন্না মিকাবা তাগদৌরিব্রা? " শকুন্তলা স্বর শাংনা চিংশিন্দুনা ৰাখল তৌই, তুংদদি তেনশিল্লি, " ফনবা তৌরকপা মীদু মরূপ্নি, শাগৈনি। মী লৈজদে হায়না কপফম থোক্রে। "

নোংয়াই য়ৌরক্কদৌরে। বালানা লাইরিক লোইশিনবগা মমা কাঙখল মনুংদা লৈখ্রে। অদুবু, মখোয় অনীমক তূম্বা য়ানদ্রি হায়বদি খঙনৈ।

# ৩

শকুন্তলানা ককচিংদা শান্তনুখোয়গী যূম থিবদু লুনা থোকখিদে। মখোয়গী লৈকাইদুদা অচৌবা উপাল- ৱাপাল হৌদে। অৱাংবা লৈপল অমসুং অরুবা খোংবাল উদে। শিৎ তিংবা লৈরকশিংগী নাক-য়েৎতা থোঙ্গাল কূংনা ফাৎলি, পরেং নাইনা শাবা যূমশিংদু ক্রিক ক্রিক ইন্নে। শান্তনুখোয় অচৌবা মৈতৈ যূম , শঙ্গোয় অনী, কৈ অমসুং শঙ্গোল লোইনা তিন্না কুপ্পী। শুমাঙসু য়েংবদা ওন্থোক্লা কল্লক পেনখ্রে। পূন্নমকসি উরগা ইমুং অসি অহল লমন হাকথক্তগী ৱাৎত পাদনা পাল্লকখি হায়বসি হেক্তা খনগনি।

শকুন্তলা দারি নকশিল্লক্লে, যূমগী থোঙ থিংলি। অদুবু মহাক অনী অহুন্নক কৌদুনা য়েংঙি, কনাসু খুন্নক্তে। করিনো খন্না লেপ্লিবী শকুন্তলা খংচোক চোকথৈ। তুংদা থংনবা যূমদগী চহী তরামরি- তরামঙাগী নুপামচা অমা থোরকপা উরে। অঙাংদুনা শান্তনুখোয়গী ইমুংগী মী কনাসু লৈতে, লৌসীগী লৌবুক্তা অযূক ঙন্তা চৎখ্রে হায়না তাক্লক্লে। মখোয় নুমিদাংৱাইরমদা হল্লক্কনিসু হায়। শকুন্তলা নীংবা কায়না অঙাংদা মুন্না য়েংলম্মী। শকুন্তলা ঙাইহাক ৱাখল তৌরবা তুংদা মহাক মশা ইম্ফালদগী লাকপনি, শান্তনুগা উনদবা য়াদবনি হায়রুবদগী নুপা মচাদু শঙ্গোয়দগী স্কুটর ইল্থোরক্লে। অনীরক মতম মাঙবা পাম্মুবগী মথক্তা তাঞ্জা থোক্লদ্রবদি শান্তনুবু

উনবা ফংখিদবসু খঙদে; ঝাখল অসিনা অঙাংগী থৌরাং অদুবু শৌগত্তবা ঙমখিদ্রে। অঙাংগী তেঙবাংনীংবা ঝাখল অদুবু করম্না থাগৎলোইদগে। মহাক লৌসী চৎপা তারে।

নুপা মচা অদুনা শকুন্তলাবু পুদুনা গাড়ী থৌদোরকপদা সড়ক অচৌবদি মীফা- মীপুনগা মরী লৈননা মৈরা পায়বীশিংনা বন্দ তৌরম্বদগী মখোয় খুল্লক লম্বী ইনবা তাখি। লৈরক অমগা লৈরক অমগা পরেং অমগা পরেং অমগা, পুথ্রীগা পুথ্রীগা ইমান মান্নবগুম তৌবদুদা শকুন্তলা ইঙাও ঙাওরম্মী।

লৌসী হায়বসি লৌকোন অমনি খল্লবসু মায়কৈ কদোমদা লৈবনো হায়বা শকুন্তলা খঙদে। মিনিট তরামঙারোমগী তুংদা চিল্লবা খুল্লক্তগী লৌবুক লমহাং অমদা মখোয় থৌদোরক্লে। লমখৈ চাউবা, হঙ্গাম মপান্না পূমঙান ঙাল্লিবা লৌকোন্দু লৌসী শোয়দনা ওইরম্বা তারে হায়না শকুন্তলানা খল্লকপা মীকুপ্তা অঙাং গাড়ী থামখ্রে। শকুন্তলা মঙলৈবাক অমদা থুংলবগুম থোকখ্রে। মপুক্লীংদা শোল্লম্মী — ' অসিদি লৌশি নত্তে, লৌহিংনিদনা। ' হঙ্গাম মপান মরক্তা লাপ্তক উবা ইনা কুপ্পা শঙ অমগী ময়া নক্লা লেপ্লিবা নুপাদু শান্তনুনি হায়না অঙাংনা তাক্লকখি, কন্না কন্নসু কৌরম্মী — ' তামো, তামো, মী লাকএ। '

অঙাংনা কৌবা তাবদগী লাপ্না য়েংলকখিবা শান্তনু মীশক লাকশিনখ্রবগুম ইঙক ঙক্না লৌরীদা তহা তহা লাকখি। হরাও মীনোক্না লোয়ননা ওকপা লাকপদু উরগা অঙাং গাড়ী থৌদুনা হনখ্রে।

লৌরীদা নাম্বদুনা তুখিবা শান্তনুবু শকুন্তলানা উদবগুম তৌই , থওইদবদি নত্তে। তশেংনা মহাক্কী মীৎয়েং মায়কৈ মরিদা উরু উরু লৈরি; ফজরবা লৌকোনগী অরোইবা ঙমখৈ য়ৌঙমদনা থাপ্না য়েংলিবনি। আলু, কোবী, তিলহৌ অমসুং চনমগী শংলেন পন্দুপশিংদসু ঙাওরি। নোংপোক্তা য়েংলুই মীৎফম হোংনিংদে, নোংচুপ্তা ওল্লি খোঙফম লেঙনীংদে, শুমহৎনিঙাই ওইরবা মালেমগী মচেৎ অমনি। ফজবসি উবদা চীংদোনশিংনা ঝাওথাংনবা লৈচিলগী ফিরুক খুম্নখ্রে। শান্তনু নকশিল্লক্লে হায়বা কাউখিবতা নত্তনা চেংলবা খ্বাংদা য়েপ্পা অপাবা সাড়ী মতেক্কী ফিজীন নুংশিৎনা

হুমদোকখ্রে হায়বা মহাক খঙখিদ্রবনি। মহাক্কী শন্নাংনা মনীংতম্মা হাই- হুন্নকপদা, থম্বাল লৈখোক্কী ময়েক নাইবী ফনেক অমসুং অশংবা ব্রাংখৈ ইন্নফিসু য়াওশিল্লক্লি। ঈশৈ তান্নরিবা হয়িংখোইশিংগী মরক্তা নাপল কারবা মচু কয়াগী কুরাকশিংসু শকুন্তলাগা ফজবা তান্নসি হায়বগুম পরেং পরেং পাইশিল্লক্লি। কাংচেক মচুগী অব্রাংবা শেন্দলদা তাংদুনবু ওইবব্রা, অসুক ব্রাংবা নুপীদি খন্না য়েংলম্বা শান্তনু পাক হেক নকশিনবা ঙমখিদে। ওন্থোকপনি নুংশিৎ মাসু! ফিজি ফিনা খোমজিনবদা জগোই শাবীগী শাথেক্কুম শকুন্তলাবু উরু উরু লৈহল্লিবা।

শান্তনুনা লাউরকই, “ শকুন্তলা! লাইমা থাজখিদ্রেদা। ”

শকুন্তলাগী মায়থোং তঙ্খায় অমা শন্নাংনা কুপশিন্দুনা লৈবি। ঙকশমদা য়েৎশিনখিবা ইন্নফি নীংদু কুপ্পা চিংথনবা হোৎনবদা মহাক খুদক্তা খুম্বা ঙমখিদে। নুংশিৎকা মাযোক্কনা শন্নাং অমুক্তং খোমজিল্লগা ব্রানা লেপ্লম্মী।

“ ঐ ওজাবু উনজনীংবদগী হেক্তা থিজবক্লবনি। ” শকুন্তলানা খুন্নকই।

“ অসুক ব্রানা, কবি লৈরবগে ? লাকপীযু শঙলোমদা চৎসি। ”

অচৌবা লৌরীদা, শান্তনুগী তুংদা শকুন্তলা চৎলম্মী। লাপ্তক্লা আলু মখোঙ শোল্লিবা অহল অমনা খূনীং কাঙনা য়েংলকখি। অহলদু শান্তনুগী খুরাতোন্নি হায়বা শকুন্তলাদা তাক্লম্মী। মখোয় অনীনা শঙ নকশিল্লকপদা ককচিংগী খোন্থোক্তা লোন্তক ঙাঙবদু শকুন্তলাদি লৌশিনবা ঙন্নল্লোই, অদুবু শান্তনুদি তায় — ‘ অসি লৈবনা ওইরে ঐখোয়না হায়বা অমত্তা তাদ্রিবসি। ’ খুরাতোন্দু য়েংনীং য়েংনীং থওইদবদি শাই।

শঙ য়ৌরগা শান্তনুনা পুন্সি শাংলবা মোরা অমা শকুন্তলাদা ফম্নবা পীরম্মী। লৌরোন্নবশিংনা মঙোন্দা য়েংলকপা উবগা হন্দক্তি শকুন্তলাদু ইকাইবা খাঙদুনা ফমথৈ। শান্তনু শঙনুংদা চঙখ্রে।

ফ্লাস্কতগী হৈদোকপা চা কপ অমা শকুন্তলাদা পীরগা শান্তনুনা হায়, “ চাক চাথ্রসি হায়ববু হৈনবীগদবা মান্দে। ”

“ য়াজরে, ওজা। উনবা ফংজবসি লাইবক ফরবনি। ” শকুন্তলাগী

ইকাইজবা কোক্ত্রি।

" হায়বীয়ু, করি অরুবা ৱাফম লৈরবগে? "

" মরম অমা লৈরে। "

শান্তনু মরক থত্তুনা লাউখি, " খুরাতোন ইবেম্মসি শকুন্তলা কৌই, ইম্ফালদগীনি। "

খুরাতোন থৌ- ৱা শাদবগুম তৌই, হরাওবদি লোৎপা ঙমদে, শোন্তক খুন্নকই, " ফৈ, ফৈ, মঙ্গল ওইয়ু। "

শকুন্তলা মখা তারক্লম্মী, " দলীল অদুগী মতাংদা ৱাফম খরা খন্নজনীংঙি। ওজা, ঐগী মী য়াম্না তাঙঙি, তান্নফম লৈজদে। ওজাগী পাউতাক নিজরি। "

" হায়বীয়ু, ঐ য়াম্না নুংঙাইজে। "

" শেল পৃথিবা মীশিংদুনা দলীল অসিবু ইকাই খুম্নবীরক্লদবা মান্দ্রে। মখোয় শেল শিংদনবা হোৎনরক্লনি। দলীল ইখিবা উকিল মনিনা ঐখোয়দা তেঙবাংবীরোই। মনাওনা সোসাইটি অদুগী সেক্রেটরী ওইরি। সাক্ষী ওইখিবা কালাসু শিখ্রে। পূন্নমকসি য়েংলগা ঐ করি তৌসিগে হায়বা লেপ্পা ঙমজদ্রবনি। "

" চুম্মী, অরায়বা ওইদ্রে। " শান্তনু খন্নবদা পুক্নীং চঙঙি, " অদুবু দলীল অসিনা চপ চানা সাক্ষী পীরি, শেল শিংখিরম্বা থোক্লবদি শেগায়দুনা মাঙহল্লন্নগদবনি, নত্ত্রগা শিংলে হায়বা অইবা চেরোল অমা নখোয়না মখোয়দা পীরমগদবনি। কোর্তকী মাঙদদি মখোয় শেল শিংখ্রে হায়না চেনবা ঙম্লোই। "

" অদুনি, পঙলবী ঐগী ৱাখলসু। অশেংবা ইরলবু মখোয়না হেক্তো মাঙহনফম থোক্তে, ঐগী মী লৈজদে হায়দুনা তুমিন তোকথোক্লদ্রা? ঐ শেল থৌরগে খঞ্জরি, মখোয়গী ৱাখল খঙবা পাম্মী। থৌশাবীদবগী মওং লৈরবদি কোর্ত্তা চৎপা নত্তনা করি উপায় লৈরি। মতাং অসিগীনি পাউতাক অমত্তং পামজরিবসি। "

" নহাক্কী ৱাখল অকায়বা য়াওদে। ৱামাঙ য়ানবগী কান্নবা লৈ। দলীল অসি উত্তুনা শেল শিংদোকপীনবা হায়জরুবা চুম্মী, মীরোলনি।

মখোয়দা থম্মোয় শেংনা শেল শিংনীংবগী ব্রাখল লৈরন্নবদি কেশ তৌরুবগী কান্নবা করিনো? সোসাইটিগী প্রসিদেন্ট অমসুং সেক্রেটরী অমুক্তং উনথোকপীয়ু। দলীল ইখিবা উকিলগসু খন্নবীবা ফবনি। মখোয়না নিঙাই- চক্রি তৌরবদি কেশ তৌবীনবা অফবা উকিল অমা তান্নবা তারেদনা। ”

খন্নগদবা ব্রাফম লোইশিল্লবনি। লমলানবা মী অমদা অসিদগী হেন্না করম্বা তেঙবাং নিরুগনি, শকুন্তলা মুন্না খল্লি। শান্তনুনসু থবক অসিদা দায়িত্ব লৌরুনবা, শয়েং তিংলুনবা তাঞ্জা অমসুং মরম লৈত্রি। ছুটি মতেক অসিদা মহাক্কী থবক য়াল্লি, ঙাইহাক চিন্দবা শাবগী ব্রানি।

“ য়াম্না নুংঙাইজরে ওজা, ঐ মখোয়গা শোয়দনা উনজরগে। অরোইবদা ঐনা ওজাগী মফমদা হায়জনীংলিবসি, দলীল অসি মাঙলুবগী মরম কোর্তনা তকখৎলক্লবদি ওজানা সাক্ষী পীবীদুনা ঐখোয়বু অমুক্তং তেংবাংবীয়ু। ওজাগী থৌজান নত্তনদি ঐখোযগী পাঙ্গল লৈরোইদৌরি। মরম অদুনা ইকাই- ইকি থাদোকচরগা ঐ মফম অসিদা লাকচরবনি। ”

“ য়ারে, শকুন্তলা। মদু ঐগী ইথৌনি। অচুম্ববু অরানবনা নমহৎলগা থম্বদু য়েংদুনা লৈগদ্রা? নখোয়বু মখোয়না লাকচফম থোক্তে। অসুক চাউরবা শেলফম মাঙহনবা য়াদে। ” শান্তনু তিংনা হায়।

“ থাগৎচরি ওজা, ” শকুন্তলা মিৎলু ঈহৌনা তেনশিল্লি, “ ওথোকপনি, ঐনা ওজাগী থৌ শিৎহল্লে। ”

“ অদুমনা হায়গনু, শকুন্তলা। অদুদি, ঐ থিন্দোকচরগে। ”

শান্তনু মায়থোং শীন্না মোমোন নোক্লম্মী। মহাক যূমদা হল্লগে হায়না খুরাতোন্দা তাক্লম্মী। খুরাতোন্দু ফোংনা নুংঙাইবা উৎলক্লে। মখোয় অনী ষনগাড়ী তোংলগা চৎখ্রো, অদুগা মহাক মশাদি লৌরোন্নবগী ত্রেক্তর টেলরদা য়াওরক্লগে হায়রকখি।

ষনগাড়ী হৈনদে, তোংলোই হায়বা য়ারিব্রা? কিলোমিটর মরি মঙাগী লম্বীনি, অতেনবা নত্তে। শকুন্তলাগী ফিজোল চৎপদা মঙম শাল্লোই। নাসিক উখোঙদা পুল্লিবা কোনা পাবোত্তু শান্তনুনা লম্বী মপান্দা থম্বা ষনগাড়ী তম্না চিংথোকপদা শকুন্তলা তুংইল্লম্মী।

শকুন্তলাবু হান্না গাড়ীদা কাখৎহন্নবা শান্তনুনা হায়বা অনীরক শুরে। পুন্সিদা অহানবা ওইনা ষনগাড়ী তোংগদৌরি, নুপীদু নুংদা মফম খঙদনা নিক্লি। অদুমকপু, অকিববুদি ইকাইবনা নমহৎখ্রে। থৌগদৌরিবা মীশক্তু আই.আই.টি.গী ওজানি, সংসারদা খ্বাইদগী লাইরিক হৈরবশিংগী মশীং চল্লবনি। মহাক্লা শেৎলিবা ফিজোন্দা মীনা য়েংনরক্কনি, নাতে চাদবগী নোক্লরক্কনি হায়বগী হঙ্গোইবসু মরূপ অমগী চাউথোকচবনা ঙাকথোকখ্রে।

গাড়ীগী ময়ায়মক্তা অনানবা চেরং খাউ অমা থারগা শকুন্তলানা ফমথবগা শান্তনু ষন্দা শাজে থাখ্রে। ষন গাড়ী চাকা অনীনা গদ্রং গদ্রং তাম্ব্রাদা উংলকপগা শকুন্তলাগী মশা পূম্বা নাক-য়েৎ হাইরকই। মহাক পায়ফম থিবদা ইখং খংনা শান্তনুগী নঙ্গুন্দা খোৎলুরে। অদুগী তুংদা মখোয় ফনা কুইনা ব্রা ঙাঙনদনা লাক্লম্মী।

শান্তনুনা হৌদোরকপা ব্বারী তেল্লী , পৎ- পৎ তৎলি। শকুন্তলাগীসু অদু মঙায়। শান্তনুগী অচম্বা ব্বাঙাঙ অমসুং মীৎয়েংনা শকুন্তলাগী ইকাইবা ফনা য়াম্না কোকহনখ্রবনি। মখোয় অনী মতম কয়াগী মমাঙদগী অচেৎপা মরূপ ওইরকখিবগুম নুংঙাইবা পোকই। অদুম্নদি ওইরগা , শকখঙনহন্নবগী মরম ওইরিবা রেলগাড়ী মনুংগী থৌদোক হেক নীংশিংলকপা মীকুপ্তদি শকুন্তলা ইকাইজবনা তু খ্যাও খ্যাও চুংখি। ঙাঙথোকপা ঙমদে , কাউথোক্লবা মায়কৈ খুদিং লৈদুনা য়েংঙি।

শান্তনু তুমিন লৈরুবদু হৈনরক্রমাল্লে ব্বারী হৌরকই। চহী খরগী মমাঙদা লৌসীনা ওইরম্বা শক্তম তাক্লকখি। লৌসী অচৌবা পাৎ ওইরম্বনি , থরো- থম্বালনা ঙাল্লম্বনি। থোইবীনা পাৎসিদা লোং খোল্লম্মী হায়নৈ। তুমু খুল্লাকপগী কোনুং ওইরম্ফমসু শান্তনুনা মখূৎ থিন্দুনা তাকই। পাৎতগী লৌরেন ওম্ব্রোক্লবা হোৎনবদা ককচিং , ইরেংবন্দ , তেকচম্নচিংবা খুলশিংগী মীয়াম্না চীং ককথক্তুনা লৌসীগী ঈশিং খরুংপাৎতা চিথোক্লবা হোৎনবগী থৌনাদু অঙকপনি , তরাই তরাই খনফম থোক্তে। থবক অদুদা মপাঙ্গল কেমখিবা মীয়াম অমসুং মখোয়গী লুচিংবশিংবু হৌজিক্কী মীরোলনা পূজা তৌবদা মতিক চায়।

অসুম লীরম্বা ব্বারী পরীংদগী শান্তনু খংচোং চোংলকই ,

" ইবেম্মগী ইচা নুপীদু মরম য়াম্না ওক্লমগদবা মাল্লি , মশকসু য়াম্না ফজে। "

" ইচাবু য়াম্না থাগৎপীরে। হোয়, ঐসু মদোমদা মমা ওইনা চাউথোকচৈ। " শকুন্তলা পাউখুমদা হরাওনা নোক্লম্মী।

" অফবা অঙাংদি হয়েং তুংফাওবা অদুম ফরগদবনি। অঙাংদি নিংথাদা খঙঙি। প্লস টুগী মথংদা করি তমহনবীগদৌরিবগে? "

" ওজা, মেদিকেলগীদমক হোৎনহনসিরা খঞ্জরি। "

" ফৈ-ফৈ। অদুগা, অঙ্ক হৈনরবদি আই. আই. টি.গীদমক্তসু খন্নবীয়ু। হৌজিক্কী মতমদা মসি য়াম্না পাম্নরিবা কেরিয়র শেম্বা ইনষ্টিট্যুটনি। "

" হোয় ওজা, নোংদমখোন য়েংজবা তারি। "

শান্তনুগী ষন অনী মখোঙ চৎলি, খুঙ্গং অমসুং শহরগী শক্তম লৈবা ককচিং খুল্লক চঙলক্লে। লম্বীগী অচৎ- অওকশিংনা মখোয় অনীদা মুসুক মুসুক য়েংনরকই। মখোয়গীদু শকখঙনবা হোৎনবদগী নোক্লরম্বনা হেল্লি। অউবশিংনা খনখিরম্বা য়াই —' মতৈ- মনাওসিবু কদোমদগীনো, লমদমসিগী মীরনে? ওম্বোক্লসু নাতে চাখিদ্রে। নুপী অসিনা মরোল অমা কেরিবা, লুহোংবা চৎকদবকা মাল্লি। লাক্লিবসিনা লৌবুক্কেগীনি। কদায় তানা চৎকদৌরিবা? '

সড়ক অচৌবা থিংলি হায়না তাক্লকপদগী শান্তনু মী চিল্লবা লৈরক ফাওদুনা গাড়ী থৌরম্মী। থেংনবা মী খুদিংমক্কা মখোয়দা যেংলমদবা য়াওদে। মযামদুগা শান্তনুগা শক ইখঙ খঙনদবগুম উবদা শকুন্তলা ব্রা খরা হংনীংলক্লে। মহাক্কী ব্রাখন্দু শান্তনুনা খঙবদগী লৈশিল্লকই।

" ঐ মফমসিদা পোকপনি। ইমা- ইপা লমদমসিদগীনি। " শান্তনু মশাবু তোম্থনা লৌজদুনা হায়, " অদুবু, ঐ মীবৈবাক্তা চাউরকখি। নুংশিজরবা পোক্লফম লমদমসিদা লৈবগী খুদোংচাবা ইফং ফংলক্তে। ঐগী ইপাদু রেলৱে কর্ম্মচারী ওইরম্মী। ঐনা চহী তরেৎ শুরকপা মতমদা ইমা লৈখিদে। ইপা মতম শাংনা গুৱাহাটীদা পোষ্টিং তাখি। মফমদুদা ঐবু লাইরিক তমহনখি। মণিপুর চৎনবা তাঞ্জা ইপী পীখিদে। কট্টন কলেজদগী বি.এস.সি. পাস তৌরবা মতুংদা ঐ দিল্লীদা মখা তমথবা চৎলম্মী। ঐনা দিল্লী য়ুনিবর্সিতিদা পি. ঐচ. দি. তল্লিঙৈদা ইপা নোঙ্গাখ্রে। শ্রাদ্ধ য়াওবা

লাকখিবা রেলগী খোঙচত্তনি ঐগা ইবেম্মখোয়গা থেংনখিবসি। কোক্তা খরা শোকখিবদুনা মরম ওইরগা ঐ পাটনা মেদিকেল কলেজদা থাখায় অমারোম লৈরিঙৈদা ইপাগী শ্রাদ্ধ য়াওবা ঙমহৌদ্রে। মণিপুর য়ৌরুবগী অর্থ থোক্ত্রবদা ঐ কপখি, দিল্লীদা অমুক হুঞ্জিল্লে। ”

শকুন্তলা করিমত্তা খুমদে, পুক্নীংদদি শোল্লি —‘ ঐগী পুন্সিদদি অর্থ য়াম্না লৈখি। ’ মহাক্কী মীৎয়েং অৱাবা অমসুং নীংঙমদবনা থনখি, মীৎকী পিরাং খাম্বা ঙমহৌদ্রে, শীন্থবনা হানখ্রে।

লীরুবা ৱারীনা ইকাইবা অমসুং অৱাবা পোকহনখ্রে খন্দুনা শান্তনু নুংঙাইহ্জদে। তাল্লকসিদা লম্বী মতাইদা লেপ্লম্বা, মখোয়দা চোংশিল্লক্কদবগুম য়েংলিবা নুপা অমা কন্না নোক্কুনা লাউরকখি, “ ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ শান্তনু নত্ত্রনে? নখোয়বু অঙাং কয়া লৈরবগে ? ”

শকুন্তলা হন্দক্তি ইকাইবগা লাম্থেংনৈ। শান্তনুদি কন্না নোক্লম্মী।

“ ওজা, কৈনোমত্তং হংজগে, ৱারৌবীনু। ” শকুন্তলাগীসি ইকাই- খাঙদা হায়দোকখিবনি।

“ করিনো হায়বীয়ু। ”

“ হৌজিক ফাওবা ওজানা য়ূম পান্নবা থৌরাং তৌবীদ্রিবা করিগীনো? ”

শান্তনু নোক্লম্মী, য়াংতকসু খুম্মী, “ থৌরাংদু পায়খৎলগে খঞ্জরে। তম্বা ঙমদে, মতমসি খংনক নকশিল্লকপসু। ”

মখোয় অনী ৱারী লেপ্লে। অশোয়বা ৱাঙাঙ য়াওব্রা নীংশিংনবা ওইরমগনি। শান্তনুখোয় থোঙ্গাল নকশিল্লক্লে।

অচৌবা ষন অনীনা শুমাঙদা লেপ্লরবদা শান্তনুনা জুৱান থাদুনা শকুন্তলাবু কূমথহল্লি। য়ূম্লোন্নবা লৈকাইগী অঙাংশিং থোরক্কুনা মখোয়দা ঙক্লা য়েংনরম্মী। শান্তনুনা হায়জবদগী শকুন্তলা মাঙ্গোলগী ফান্দা ফল্লম্মী। মহাক পোৎথাবগী স্বর হোল্লি। শঙ্গোন্দা ষন পুল্লুবা য়ূম্বু ইমুংদা চঙখ্রে।

মফি হোংদোক্লুবা শান্তনু মপান্দা থোরক্লে, হায়রকই, “ চাক চাখিসি হায়ববু তৌরিবা ফিভমসি ইবেম্মনা উবীরে। হৌজিক্তি থিন্দোকচবদা তারে। হংচিত্তগী ঐ ইম্ফালদা নুমিৎ তরানিরোম লৈজগনি

হোটেল নির্মালাগী রুম নম্বর ১৮ বুক তৌখ্রবনি। ”

ৱা তানা তানা হৌগৎলকখিবী শকুন্তলা মাঙ থানা চৎপা হৌই, তপ্না হংঙি, “ ইম্ফালদা করি থবক্কীনো, ওজা? ”

“ য়ুনিবর্সিটিদা থবক খরা লৈরে। ”

“ মফমদুদগী অদুম গুৱাহাটী লেঙবীখ্রগদ্রা? ”

“ নোংম- নিনি য়ূমদা লাকখিগে খল্লি। ” শান্তনু চেকশিন্না হায়, “ মরক্তুদা ঐ ইবেম্মখোয়গা উনজনীংঙি। দলীলগী ৱাফমদু মখোয়না করি হায়রকপগে হায়বদু য়াম্না তাজনীংঙি। ”

“ ঐখোয়গী লাইবক ফবনি, ওজা। ঐখোয় লাকচগে। ”

“ এ! নত্তে, নত্তে। ঐনা লাকচবসু য়াবনিদা। ”

“ ঐখোয়না লাকচগদবসি হোটেলদনি, ওজাগী থবক চিনবদু খঙজে। ”

সড়ক অচৌবা য়ৌশিল্লক্লে। ইম্ফাল হাইগৎপা বস অমা শান্তনু খাল্লম্মী।

“ অদুদি য়ৌবীরো, ইবেম্মা। ”

“ চৎচরে, ওজা। ”

শান্তনু লৈহৌরে। বসকী ওয়থংবা সিট অমদা শকুন্তলা ফম্লম্মী। ককচিং লমদম লাম্থোরক্লে। মহাক মঙগুল্লবা লৌকোন্দু য়েক্তুনা চৎলি, শান্তনুগী মীনুংসি পুরি। নে খজিক্তং তারকপগা মহাক খনবা হৌরম্মী — ‘ ফরে, হয়েংসি ইমা- ইচা সোসাইটিগী মী খরা উনরুরগে। সোসাইটিদু লৈরি, নাগমপান্দা সাইন বোর্দ থেৎপা উই। থৌপুবশিং শিল্লল্লগদ্রা খঙদে। ঐ মখোয়দা ফজনা হায়জগনি। থওইরক্রবদি থবক মখা চৎথবা তাই। ওজা শান্তনুগী ৱা ইনফম থোকই। মহাকসি ইচম চম্না উরবসু মীনা লাকচবা য়াদবগী মওং লৈ। মহাক্কী চমজবা মতৌদি তৌথোরকপা থবক্না উৎলি। মঙোন্দা লৌথুপ লৌকোয় চেন্দে। অসুক মমল লৈবা মীশক অমনা হৌজিকফাওবা লুহোংদনা লৈরল্লিবসি করিগীনো? ’

গাড়ী সিটতা মখল মথেলনি শকুন্তলানা খনখিবা। অদুগা নাকোংদা তত্তনা ঙংলিবনা —‘ ইবেম্মগী ইচানুপীদু মরম য়াম্না ওক্লমগদবা মাল্লি,

মশকসু য়াম্না ফজে। ’

অহীং নুংথিল শাংবা মান্নবা মতম্নি। নুংথিলগী মতম তেল্লি হায়বা য়ারোই। অদুবু, শকুন্তলা নুমিৎ তারমদাইদা ময়ূম চঙলক্লম্মী। মচানুপীনা থোঙ্গাল থোক-থোক্কুনা য়েংবসি কুইরম্লমাল্লে।

বালা শাওরকখি, “ করিগীনো অসুক য়াম্না থেঙলক্লিবসিবো? ”

মমা নোক্লম্মী, “ অঙাওবী, হঙ্গৎ- হন্দাদা পূং কয়াগী লম্বীনো খঙব্রা? অদুগী মথক্তা কদায় কদায়দনো ওজাদুবু থিরুরিবসি? ”

“ অদু ওইরসু, ব্রারী কয়া শাংবগীনো, খরা কুইমনখ্রেদা। নোংঙানবদগী চৎখিবনি , চাকপু চারক্লব্রা? ”

“ ঐ ব্রাদু তমগে লাউ, চঙসি। ”

মমানা মচাবু ইমুংদা পুশিল্লি।

“ হঙ্গামসিনা কদাইদগীনো? মখোযদুদবু হ্নেংব্রনে? ”

শকুন্তলা খুমদে। অচৌবা পোলিথিন খাউদগী হঙ্গাম পেবে মপুন মঙা লৌথোক্লগা চাকশঙ টেবলদা থম্মী।

“ সি য়েংঙু, ওজা শান্তনুনা পীবকপনি। ” শকুন্তলা লালা য়েংলুবগী পাউদমদা চৎথৈ, “ অঙকপনি ককচিংগী লৌকোন। থারিবা মনা- মশীং, মনিপুর পূম্বা চাবা কোন্নগদবা মাল্লি। য়েংবগী ওকপা পেনবা নাইবা জাৎ নত্তে। মনিপুরগী লম্বু মান্দে, পঞ্জাব- হরিয়ানা ওইনদুম উই।

“ অস! সিদি য়াম্না হাওনিবো। অদুগা ইমা, মহাক্কী ব্রাদি করিনো? ”

“ শেল মাঙফম থোক্তে হায়বসিনি। অহানবদা ফজনা হায়নবা, য়াদ্রগা কোর্তকী মতেং লৌবা। ঐখোয়দা তেঙবাংনীংবগী ব্রাখল মঙোন্দা চাউনা লৈ। শম্না হায়রবদা মহাক্লা ব্রানা থিঞ্জরকপা দলীল অরেম্বদা তাহন্নীংদে। ”

“ ঐখোয়গী মী য়াম্না তাঙজে হায়বসি মহাক খঙলম্লগনি। ”

“ মদু হায়দোকপদা ইকাইফম থোক্লিব্রা? ঐ তেংনা তম্লম্লে। মঙোন্দা ঙক্তক থোক্লবসু হায়জিনবা নত্তে খঙখ্রবনি। অদুনা ইবেম্মা, ঐখোয় অনী নোংমা নাগমপান্দা সোসাইটিগী মী উনবা চত্তবা য়াদ্রে। ” শকুন্তলা ব্রাখল তৌরগা মখা তাই, “ মখোয়গী পাউখুমদু মহাক তানীংঙি। ”

" ৱাদু ককচিংদা অমুক চৎলগা তল্লুগদ্রা? "

" নত্তে, মহাক হংচিত্তগী হেটেল নির্মালাদা লৈগনি; থাখায় অমরোম্নি হায়। অদুগা, রুম নম্বর ১৮নি হায়বসু তাক্লক্লবনি। "

" করি থবক্কীনি হায়বগে, ইম্ফালসিদা লৈগদৌরিবদি? "

" য়ুনিবর্সিটিদা থবক য়াম্না লৈমাল্লে। "

মমা- মচা ৱারী লোইশিল্লে। শকুন্তলা মফি হোংদোকপা কারোমদা চঙখ্রে। বালা য়ূমশঙবা অহলনা গেট লোনশিনবা য়েংলম্মী।

# ৪

শান্তনু মনিপুর য়ুনিবর্সিটিদগী হোটেল নির্মালাদা হল্লক্লে। ঙাইহাক পোৎথাবদা মহাক হিপফমদা তিংথোক্লম্মী। ফক্লাং ঘড়ীনা নুমিদাংৱাইরম পূং মঙা য়েখ্রে, নুংশা নেল্লে। কানুংদু চপ চানা ইংঙি। মহাক কম্বল অমা চিংখৎলগা টেবল মথক্কী বেল খীংলম্মী। মথং নুমিৎকী থবকশিং নীংশিংঙি।

" করি তাকপীগদবা সার? " ৱেটর চঙলক্লুনা হংলৈ।

" কোফি কপ অমত্তং পুরকউ। "

" ফনি, সার। অদু, মপান্দা নুপী অনীনা সারগী কা থিরি। "

" চঙলকউ হায়য়ু। "

শান্তনু হৌগত্তুনা ফম্মী, কনা কনা ওইরমগনি খল্লিঙৈদা শকুন্তলা মচাগা থোঙজিন্দা লেপ্লরে।

" ঐখোয় লাকচরি, ওজা। " মমানা হায়।

শান্তনুনা কৌশিল্লি, " লাও, লাও চঙলকউ। "

নুপী অনী সোফাদা ফম্লম্মী। শান্তনুনা নুংশিনা, হরাও হরাও মরী মতাগুম তৌবীবদা মখোয় থোইনা কোইদ্রে।

শকুন্তলানা হংলকখি, " য়ুনিবর্সিটি য়ৌবীরুব্রা? "

" হোয়, হল্লকপদা ঙায়রি। করি পাউ লৈরবগে? ঐনা অদুম লাক্লবসু য়াবনি। "

" ঐখোয় ঙসি সোসাইটিগী প্রসিদেন্ট উনরুরে। হান্নগী মীশিংদু শিল্লমদ্রি। মাঙলুরবা দলীল ফংলে হায়না মখোয়দা য়েংহল্লি; লৈরম্বা মী খরনসু পাই। মখা তাবদা ঐনা শেল শিংদোকপীরো হায়জখি। প্রসিদেন্ট মৈ হৌনা শাউগৎলকই, মখোয়দা করম্বা শেল তোল্লিবগে হংলকখি। মতম অমদা পৃখিবা শেল লূপা লাখ মরি শিংদোকখ্রে, দলীলসু শেগায়নখ্রবনি হায়। অশাবা দলীল অমা পুথোক্লগা হৌজিক মখোয়দগী লুট তৌনবা হোৎনরে, ফোর ত্বেন্টি চালাক্লা মখোযবু অৱাবা তাহন্নবা অমসুং মিংচৎ থীহন্নবা হোৎনরকপগীদমক পুলিসতা ৱাকৎকনি হায়নদুম কিহল্লকই। অৱায় অখুমদা ঐখোয় খরসু খৎনরে। ঐনা কেশ তৌগনি হাযরুবদা কবেম্লদুনা নোকশিল্লকখি। উশিত্তবা মীৎয়েংদু কবম্না খাঙগনি, ঐ কপ্লম্মী। অদুবু, অহৌবদগী ৱা য়াম্না মুন্না তাখিবা মচা নুপা অমনদি মপা প্রসিদেন্টপু ফাথহৌই, অকাউবদগী শোয়খিবা করি লৈবগে হায়বদু নীংশিংনদুনা খৎনদনবা হোৎনসি হায়হৌই। "

শান্তনুনা শমথৈ, " খঙলে, হৌজিক মখোয় শেল শিংবগী ৱাখল লৈত্রে। কেশকী ৱাদসু নাচুংবীদ্রবনি। মীনম- শোবিবা, নমথাক অমসুং নাপল থুদেক্লবা ঐখোয় কোর্তকী মতেং লৌবা তারবনি। লৈবাক অসিগী আইন্না নিংথৌ অমসুং চাক্লিবা অনীগী মথক্তা চপ মান্নবা ৱায়েল পীরি। পম্বুবা ফরোই , য়াম্না থুনা উকিল অমগা খন্ননবা তৌসি। "

" অদুনি ওজা, কনা উকিলনা খরা হেন্না ফগনি হায়বসু ঐখোয়দি খঙজদ্রবনি। "

" ইবেম্মা, উকিল নেকপা লুই। পৈসা খক্তা খনবা, চীন্দি য়াম্না হৈবা উকিলনা ৱাই চাইরবনি। ঐ মরুপ- মপাংশিংদা হংগে, শোয়দনা মায পাকহনবীগদবা মী থিসি। হয়েং মরোল খঙনরসি। "

" মফমসিদরা, ওজা? "

" নত্তে। "

বালা য়াওরকই, " অদুদি ওজানা ঐখোয়গীদা লাকপীগদৌরিবরা? "

" মদু ঐ ফংগদবা মান্দে। "

" অদুদি ...? " বালা খঙনীংবনা তকশিল্লি।

শান্তনু অৱাবা খাঙমিন্নসি হায়বগুম তপ্না হায়রম্মী, " য়ুনিবর্সিটি কেন্টিন্দা, পূং অমদা। "

" অঙাংসিগী স্কুল য়ুনিবর্সিটিগা নক্লরে। ঐখোয় শোয়জরোই, ওজা। " শকুন্তলা ৱা লোইশিল্লবগুম য়েংলকখি।

" ঙাইখো, কোফি থকখিসি। " শান্তনুনা খান্মী।

হৌগৎলুরবা মমা- মচা ফমথৈ। কোফি পুশিন্দুনা চঙলকপা ৱেটরদা অনী অমগা পুরক্লবা হায়খ্রে। মখোয় মাঙগী ৱারী শমথদ্রে, লৈবাক মীয়ামগী খন্নে। ইম্ফাল শহরগী অমোৎ অকায় , দায়িত্ব মশক খঙনরক্তবা, মশাগীতা য়েংনরকপা, মথং মথং অসুম ঙাঙনৈ।

কোফি থকপা লোইরদুনা শান্তনু মমা মচাবু থিন্দোকপা হৌগৎলম্মী।

কানুংদা শান্তনু হন্দকসু কম্বল শুপ্লম্মী। মহাক অসুম খল্লকই —' তশেংনা মমা- মচাসিগী মী ইরৈ লৈজদ্রবা জাৎনি। শহরসিদা পোকপী, লমদমসিদা চাউরক্লবী, লাইরিক হৈবী, য়ুম্লিংলক্লবী শকুন্তলাগুম্বী অমগী মী অসুক্কী মতিক তাঙঙি হায়রুবদা কনানো থজগদবসি? অদুদি, মখোয় সমাজনা ইন্থোক্লবা মীরা? অসুম্না খল্লুবসিদি লানগনি, ইকাইবা পীবগা অমহানি। ঈঞ্জিনিয়র গম্ভীর দায়িত্ব চাউবা ওফিসর ওইরম্বনি। মহাক্কী মরী- মতা, খঙন- চান্নবা মরূপ- মপাং অখঙ- অহৈ খরদি শোয়দনা লৈবম্ফম থোকই। মখোয়গী মতেং মমা- মচানা লৌনীংদবগী মরম করিগীনো? অদুগা, লমলানবা ঐঙোন্দা ৱা তান্নবা লাক্লি, ৱা খরদি লৈরে। ঐনা রেল মনুংদা খজিক্তং তেঙবাংলুবা অদুগীদমক অসুক চাউবা থাজবগী য়ূম্ফম থোনবসিদি খরা হাকমল্লি হায়নগনি। ' মহাক অৱাবগী মীনোক অমা নোকখিবদু খঙহৌদে, অমুকসু শোল্লকখি —' রেল মনুংগী থৌদোক। মদুনা মরম ওইরগা ঐ মখোয়গা উনরবনি। মরূপ- মপাং শেমগৎলরি। ওম্থোকপনি, গম্ভীর সাহেবকা শকখঙ- মায়খঙনবা ঙমহৌদ্রে, ইয়াম্বা কৌজনবা তাঞ্জা ফংখিদ্রবনি। শকুন্তলাগী গুণবু ঐনা মহাক্কী মফমদা শিংথাবা ঙমখিদ্রবনি। কয়াদা লাইবক থীরিবা! ধন্যনি গম্ভীর সাহেব, শকুন্তলাগুম্বী নুপী অমগী মপুরোইবা ওইখিবা। ঐনা শকুন্তলাবু অহানবা উখিবসি

ানুপীগী চহী মতাং অসিমক্তা ওইরমগনি, য়াম্না নৌরি। ঐনা খনখি, ৗসি অঙাংনি, মপুরোইবনা মঙোন্দগী চহী তরাগী মথক্তা হল্লমগনি। হেরিবা মপুরোইবগী সেবাদা মহাক তূমখিদে। চাবসু মচেৎনি। ফত্তবা, ল্লক চাউবা ময়াং নুপাশিংগী মাঙদা ফিজি- ফিনা লোইশিনবদা মথৌ চিল্লি, ্নদনসু খাঙখি। শাইনোলগী শল্লাং মরক মরক খোমগৎপগী রাশিদুবু ংথারোইদবা কনানো? থাজগুম ঈংনা লমঙানবী মায়থোং, তঙাংবা ঙ্গাই অমসুং চীনবান, চেংলবা খ্বাংগী মথক্তা মপূং মরৈ ফানা ৱাংবা, ইথরকপদনা মকোয় মান্ননা ফনবা, তোংগানবী মূর্তিবু য়েংনীংদবা কনা ৗগনি? অদুবু, মিৎতাবগী মীৎয়েংনদি হিংসাগী মরূ হুলহল্লি। মসি খঙনা হাক মশাবু লাঙ্গোয় চনখিদনবা হোৎনজখিবনি। অনাবা মপুরোইবগী ল্লুরগা ঐঙোন্দা পুক্নীংনা মহাক্নীদমক গার্দ ওইনবা ইনশিল্লকখি। ইশানা াজখিবা থবক অদু ঐ ফজনা তৌদে হায়বা য়ারোই। ঐ চনুরা অমগী জ্জৎপু কনবা ঙমখি। ঐনা নংখিবা অশোক- অপনগী চৈনাগীদমক ঐ ংনাংখিদে। ’

শান্তনু মখা অসুম খন্থে— ‘ শকুন্তলানা কাউথোকখ্রবা, মচানুপীনা ঙলমদবা দলীল অমা ঐনা পীশিল্লুবসি মখোয়দা মীহৌবগী মন্ত্র অমা ামশিল্লুবগা চপ মান্নখ্রে। ঐগীসিবু থৌরৈতনা থৌথিবা হায়বদুরা? গম্ভীর াহেব লৈরল্লবদি ঐ অপেনবা য়াম্না ফংলমগদবনি। ৱাখলসি অসি য়ৌনা াই চিল্লল্লোই। অমরোমদনা, মাঙহৌরবনি, কাউথোক্লল্লবনি হায়দুনসু াসুক মমল লৈবা পোৎশক অমবু হেক্তো শেগায়দুনা হুন্দোকখিফম থোকপ্রা; পুগী খূৎ য়ৌহনবা অফবা ধর্ম্মনি। ঐ থবক্কুদা ইশাগী কান্নবা ফংবগী ৱা নখিদে। ঐগী থবক লান্দে। অদুম্নদি ওইরগা, খন্দবা য়াদবা অমা লাক্লি। ংনা তপ্না লৈজরম্বী মমা- মচাবু দলীল অসিনা য়াম্না খোইরাংহল্লে। নখৎলক্লিবী লৈশাবী অমদা অশাউবগী মৈরি মৈৱাইহল্লে। য়েক্লবগা াংনবা তম্বীগদৌরি। মতু শোন্না তরক- তরক হিংজবী মমা- মচানি। পাঙ্গল শোনবা শা- উচেকশিংবু খন্দোক্লগা শাদানবশিংনা ফানবা তাল্লি। খোয়বু তুহৎপীরকপা শোয়দ্রবনি। মদুগী দায়িত্ব ঐনা পুফম থোক্তব্রা? ’

ঘড়ীনা পূং তরুক য়ৈরক্লে। নুমিদাং ওইশিল্লকপগা লোয়ননা শান্তনু

শান্তনু অৱাবা খাঙমিন্নসি হায়বগুম তপ্না হায়রম্মী, " য়ুনিবর্সিটি কেন্টিন্দা, পূং অমদা। "

" অঙাংসিগী স্কুল য়ূনিবর্সিটিগা নক্লরে। ঐখোয় শোয়জরোই, ওজা। " শকুন্তলা ৱা লোইশিল্লবগুম য়েংলকখি।

" ঙাইখো, কোফি থকখিসি। " শান্তনুনা খান্মী।

হৌগৎলুরবা মমা- মচা ফমথৈ। কোফি পুশিন্দুনা চঙলকপা ৱেটরদা অনী অমগা পুরক্লবা হায়খ্রে। মখোয় মাঙগী ৱারী শমথদ্রে, লৈবাক মীয়ামগী খন্নে। ইম্ফাল শহরগী অমোৎ অকায় , দায়িত্ব মশক খঙনরক্তবা, মশাগীতা য়েংনরকপা, মথং মথং অসুম ঙাঙনৈ।

কোফি থকপা লোইরদুনা শান্তনু মমা মচাবু থিন্দোকপা হৌগৎলম্মী।

কানুংদা শান্তনু হন্দকসু কম্বল শুপ্লম্মী। মহাক অসুম খল্লকই —' তশেংনা মমা- মচাসিগী মী ইরৈ লৈজদ্রবা জাৎনি। শহরসিদা পোকপী, লমদমসিদা চাউরক্লবী, লাইরিক হৈবী, য়ূম্লিংলক্লবী শকুন্তলাগুম্বী অমগী মী অসুক্কী মতিক তাঙণ্ডি হায়রুবদা কনানো থজগদবসি? অদুদি, মখোয় সমাজনা ইন্থোক্লবা মীরা? অসুম্না খল্লুবসিদি লানগনি, ইকাইবা পীবগা অমহানি। ঈঞ্জিনিয়র গম্ভীর দায়িত্ব চাউবা ওফিসর ওইরম্বনি। মহাক্কী মরী- মতা, খঙন- চান্নবা মরূপ- মপাং অখঙ- অহৈ খরদি শোয়দনা লৈরম্ফম থোকই। মখোয়গী মতেং মমা- মচানা লৌনীংদবগী মরম করিগীনো? অদুগা, লমলানবা ঐঙোন্দা ৱা তান্নবা লাক্লি, ৱা খরদি লৈরে। ঐনা রেল মনুংদা খজিক্তং তেঙবাংলুবা অদুগীদমক অসুক চাউবা থাজবগী য়ূম্ফম থোনবসিদি খরা হাকমল্লি হায়নগনি। ' মহাক অৱাবগী মীনোক অমা নোকখিবদু খঙহৌদে, অমুকসু শোল্লকখি —' রেল মনুংগী থৌদোক। মদুনা মরম ওইরগা ঐ মখোয়গা উনরবনি। মরূপ- মপাং শেমগৎলরি। ওন্থোকপনি, গম্ভীর সাহেবকা শকখঙ- মায়খঙনবা ঙমহৌদ্রে, ইয়াম্বা কৌজনবা তাঞ্জা ফংখিদ্রবনি। শকুন্তলাগী গুণবু ঐনা মহাক্কী মফমদা শিংথাবা ঙমখিদ্রবনি। কয়াদা লাইবক থীরিবা! ধন্যনি গম্ভীর সাহেব, শকুন্তলাগুম্বী নুপী অমগী মপুরোইবা ওইখিবা। ঐনা শকুন্তলাবু অহানবা উখিবসি

মচানুপীগী চহী মতাং অসিমক্তা ওইরমগনি, য়াম্না নৌরি। ঐনা খনখি, মৌসি অঙাংনি, মপুরোইহবনা মঙোন্দগী চহী তরাগী মথক্তা হল্লমগনি। নাহেরিবা মপুরোইহবগী সেবাদা মহাক তূমখিদে। চাবসু মচেৎনি। ফত্তবা, কল্লক চাউবা ময়াং নুপাশিংগী মাঙদা ফিজি- ফিনা লোইশিনবদা মথৌ চিল্লি, হৈনদনসু খাঙখি। শাইনোলগী শল্লাং মরক মরক খোমগৎপগী রাশিদুবু শীংথারোইদবা কনানো? থাজগুম ঈংনা লমঙানবী মায়থোং, তঙাংবা খজাই অমসুং চীনবান, চেংলবা খ্বাংগী মথক্তা মপূং মরৈ ফানা ৱাংবা, হাইথরকপদনা মকোয় মান্ননা ফনবা, তোংগানবী মূর্তিবু য়েংনীংদবা কনা লৈগনি? অদুবু, মিৎতাবগী মীৎয়েংনদি হিংসাগী মরূ হুলহল্লি। মসি খঙনা মহাক মশাবু লাঙ্গোয় চনখিদনবা হোৎনজখিবনি। অনাবা মপুরোইহবগী খল্লুরগা ঐঙোন্দা পুক্লীংনা মহাক্তীদমক গার্দ ওইনবা ইনশিল্লকখি। ইশানা পীজখিবা থবক অদু ঐ ফজনা তৌদে হায়বা যারোই। ঐ চনুরা অমগী ইজ্জৎপু কনবা ঙমখি। ঐনা নংখিবা অশোক- অপনগী চৈনাগীদমক ঐ নুংনাংখিদে। '

শান্তনু মখা অসুম খন্থে— 'শকুন্তলানা কাউথোকখ্রবা, মচানুপীনা খঙলমদবা দলীল অমা ঐনা পীশিল্লুবসি মখোয়দা মীহৌবগী মন্ত্র অমা কামশিল্লুবগা চপ মান্নখ্রে। ঐগীসিবু থৌরৈতনা থৌথিবা হায়বদুরা? গম্ভীর সাহেব লৈরম্লবদি ঐ অপেনবা য়াম্না ফংলমগদবনি। ৱাখলসি অসি য়ৌনা ৱাই চিল্লম্লোই। অমরোমদনা, মাঙহৌরবনি, কাউথোক্লম্লবনি হায়দুনসু অসুক মমল লৈবা পোৎশক অমবু হেক্তা শেগায়দুনা হুন্দোকখিফম থোকপ্রা; মপুগী খূৎ য়ৌহনবা অফবা ধর্ম্মনি। ঐ থবক্কুদা ইশাগী কান্নবা ফংবগী ৱা খনখিদে। ঐগী থবক লান্দে। অদুম্নদি ওইরগা, খন্দবা য়াদবা অমা লাক্লি। ঈংনা তপ্না লৈজরম্বী মমা- মচাবু দলীল অসিনা য়াম্না খোইরাংহল্লে। ইনখৎলক্লিবী লৈশাবী অমদা অশাউবগী মৈরি মৈৱাইহল্লে। য়েক্লবগা শীংনবা তম্বীগদৌরি। মতু শোন্না তরক- তরক হিংজবী মমা- মচানি। মপাঙ্গল শোনবা শা- উচেকশিংবু খন্দোক্লগা শাদানবশিংনা ফানবা তাল্লি। মখোয়বু তুহৎপীরকপা শোয়দ্রবনি। মদুগী দায়িত্ব ঐনা পুকম থোক্তব্রা? '

ঘড়ীনা পূং তরুক য়ৈরক্লে। নুমিদাং ওইশিল্লকপগা লোযননা শান্তনু

ৱারেপ লৌরে। মহাক মফি মরোল প্রপ- প্রপ হোংদোক্লম্মী। অমুবা সুট শেৎলি। তোর্চ অমা ফুরিৎখাউদা হাপ্লগা মপান থোরক্লে। মহাক থোঙ শো লোনশিল্লম্মী।

শান্তনু তপ্না তপ্না নিল খোংবা, মথৌচিল্লবা সড়ক্কী মীরক খায়না, শহরগী অৱাং পাংনা চুমদ্রিং লাকখি। মহাক চৎনা চৎনা খল্লি — ‘ য়াচংবা মতুংনি, ঙল্লি, অদুবু মীদি থুনা শামখ্রেদা। ’

পূং তবেৎ চপ চানা তাবা মতমদা শান্তনু বালাখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরকখি। য়াওশঙ মমাঙ থাবন্দু ময়েক শেংদে, লৈচিল নোংফাইদগী লিৎথোক্লবা হোৎনবদা থাজনা কন্না কন্না চেনবগুম উই। ইলেক্ট্রিকসু লাক্তবা মাল্লি, য়ূম অম- নীদগী হাইদোরকপা ইনবর্টর ট্যুবকী মঙাল খরা খরা ফংলমদ্রবদি লৈরক্তু শাথিনা মল্লমগনি। শহরসিনা য়াম্না তোয়না নুমিদাংদা মৈগী লৈতেং থোন্দবসি শান্তনু খঙবা হৌরবনি, থোইনা ঙক্লে।

শান্তনু ৱাংলবা চেকপলগী মনীং, মমাঙ অমসুং মখাথংবা লৈরক্কা তাইনবা মফমশিংদা হঙ্গৎ- হন্দা অনী- অহুম্লক চৎলম্মী। অৱাংলোমদি অতোপ্পগী ইঙ্খোল মনুংনিনা চঙদুনা য়েংলুবা য়াদ্রে। মহাক থোঙ্গান্দা ঙাইহাক অমুক লেপ্পল্লগা নোংচুপ থংবা অখুবা লৈরক্তা লাকখি। য়ূম লন্না তাবনা ঙন্তা অহীং মাল্লি। ইচিক চিকই। মহাক সড়ক অচৌবা তম্না অমুক চৎলম্মী। পূং নিপাল হেল্লক্লে। সিফাই অমসুং পুলিসকী গাড়ী খরা নত্তনা অতৈদি চেন্দ্রে। মহাক হঞ্জিল্লক্তুনা হান্নগুম গেট ময়াদা লেপ্পলম্মী। গেটতু দং দং থীন্নীংবনা মখূৎ হেক হেক তিংথোকই, অদুবু মখোল থোকহনবা ঙমখিদ্রে। কুইমন্না লেপ্পা ৱারকপদগী মহাক ফমথরে। ঘড়ী য়েংবদা পূং মাপল মখায় তারে। সড়ক অচৌবরোমদগী মোটোরসাইকল লাকপগী খোঞ্জেল তাবগা মৈঙালসু উই। মহাক খূনীংথেক শাবা লৈরক্কী মরুমদা লৈশিন্নবা চৎলি। মহাক্লা ফল্লম্ফম গেট অদুমক্তা মী অহুম অহুম তোংবা মোটোর সাইকল অনী খামখ্রে। মী মরি কুমথহৌরগা গাড়ীশিংদু হনখি। শান্তনু য়াম্না চেকশিল্লম্মী। নুপা মরিনা করি তৌরক্কদৌরি হায়বদু মুন্না য়েংলম্মী। মখোয় মনীংথংবা অখুবা লম্বীরোমদা চৎখ্রে। মহাক অমম্বদা তপ্না তপ্না ইন্নে, য়েংবা লেপ্তে। নুপা মরি চেকপল লানশিন্নবা থৌরাং

হৌরে। মহাক গেটলোমদা য়াম্না থুনা হল্লক্লম্মী। নুংদুম অহুম মনুং শুমাঙলোমদা মথং মথং লংশিনখি। হূই খোংলকপা তারে। মথংদা মহাক তোর্চ কাপ্তুনা, কন্না কন্না খৌদেমদুনা মনীংলোমদা অমুক চৎলম্মী। নুপা মরি মাঙখ্রে। ঙাইহাক্কী মনুংদা মোটোর সাইকল থৌখিবগী খোঞ্জেল তায়। শান্তনু সড়ক মপান য়ৌরে, ৱেটিং শেদ অমদা তুমিন ফল্লম্মী। মহাক ঈংবা ফাওদে, ৱাখলনা মুল্লি। নোংয়াই মতুং পূং অমা তাখিবা খঙহৌদে, অদুবু মহাক মফম লেঙদ্রি। সড়ক্তা হূই খরা নত্তনা অতোপ্পা জীব উদ্রে।

শান্তনুনা অরোইবা ওইনা চেকপলগী অকোয়বদা তোর্চ কাপ্তুনা য়েংলম্মী। অথাপ্পদগী মুসলিমশিংনা আজান লাউরকপা তারে। য়াহৌ ঙনবশিংসু খৌদেম্নরক্লে। মহাক সড়ক্লোমদা তপ্না তপ্না থোরকই। ৱাকিং চৎপা মী য়াম্না উরে। মহাক্না থুংবা মতমদা হোটেল গেট হাংলম্লগনি খল্লম্মী।

ইম্ফাল শহরগী উকিল অমত্তসু শান্তনুগা খঙনদে, মিং তাখিবদি য়াম্না লৈ। মহাক য়ুনিবর্সিটিগী মরূপশিংদা হংলগে খল্লম্মী। লুবিবদি, কেশ লোইবগী তারীখ থাবা ঙমদে হায়নরিবসিনি। লন-থুমগী কেশনি, য়েক্নবা লৈরবনি। মমা-মচাগী লন্নাই পুন্সিদা য়ৈখায়-থিনগাই থোক্কদৌরি। মখোয়বু কনানা ঙাকপী শেনবীগনি? ৱাফমসি মখোয়না কেশ হৌবা নুমিৎতগী ঙল্লগা লোইশিল্লবা মতুং ফাওবদা খন্দবা যাদ্রি। আইনগী মতুং ইন্না, সরকারগী চৎনরিবা শেন্দোই খূৎহোত্তা পারবদি ওখাক য়াল্লবা শেলফম অমা শিংফম লৈরবনি। তরাই তরাই খনবা য়ারবোই। ৱাখল তৌনা তৌনা মহাক ব্রেকফাষ্ট চাবা লোইরে, য়ুনিবর্সিটি চৎনবা শেম শাবম্মী।

পূং অমদা চপ চানা শান্তনু য়ুনিবর্সিটি লাইব্রেরীদগী কেন্টিন্দা লাক্লম্মী। মমা-মচা মনুংদা ফমদুনা ঙাইরম্লে। শান্তনু টেবলদা মখোয়গা মায়োক্নুনা ফম্লুই। নুপী অনী হরাওনা নোক্লকই।

শান্তনুসু মোমোন তৌনা হংঙি, " কয়া কুইরবগে? "

" কুইজদ্রি। " শকুন্তলানা খুম্মী।

" মরুপশিংনা উরিপোক্তা লৈবা অফবা উকিল অমা তাক্লক্লে। অদুবু, " শান্তনু কয়া হৈনীংদনা মখা তাই, " ইবেম্মা শকুন্তলা , নহাক

কেশসি তৌনবা অচেৎপা ফিরেপ লৌরে। তাঞ্জাসিদা নহাকপু খামফম থোক্ত্রে, মসি মখোয়না উশিৎপীদবগী পাউখুম্নি। ঐ নীংহন্নবা ব্রাফম হৌদোক্লীংদ্রবসু লাকপা য়াবা খুরৌ খরদি মুন্না অমুক্তং নীংশিংহন্নীংঙি।"

"হোয় ওজা, ঐ মদু হন্না হন্না খঞ্জখ্রবনি। মখোয়না লাকচমনবসি য়েংলুরগা কিফম থোক্তে খল্লক্লে।"

কয়া ঙাঙগন্দবী লৈশাবীদু শাউনীংবা ফাথবা ঙমদবগুম য়াওশিল্লকই, "কনা লৈজদে হায়দুনা ঐখোয়বু অসুক য়াম্না উশিত্তবা য়াব্রা?"

শান্তনুগী মায়থোংদা অপেনবগী মীনোক অমা শীনখি।

শকুন্তলাসু মচাবু শৌগৎলকখি, "করিগী পঙকিসু কিরুনি হায়বগে।"

"ফরে, নুমিদাংৱাইরমদা উকিলদুনা কোর্ত্তগী হল্লকপা মতমদা ঐ ময়ূমদা চত্তুনা উনরগে। দলীলদু ঐঙোন্দা পীরল্লো। ফাইল তৌবদা চঙগদবা ফী অমসুং অতৈ খরচ পূন্নমক ঐগা পানরগে, কোন্না হঞ্জিন্নরসি। ইবেন্মা নোংমা সহি তৌবা চৎপা তারে। দলীলদু ঐ হৌজিকমক পান্মী, লৌরুরবদি ফগনি। ঐ পূং অহুমফাওবা লাইব্রেরীদা লৈখিগনি।" শান্তনু লৈশাবীদা ওনশিল্লি, "বালা, নঙগী ক্লাসতি লোইরব্রা?"

বালানা খুম্মী, "লোইদ্রি ওজা, ক্লাস অনী লৈরি। পূং অহুমদগী ছুটিনি।"

"স্কুলদি করম্বনো?"

"ষ্টেন্দার্দ রোবার্ট, কেম্পস ৱাংমদা লৈরে।"

বেগ হাংদোক্তুনা পোৎ অমা থিবদা ঙাইহাক থবক চিল্লুবী শকুন্তলানা হায়, "চেদু সিদা লৈজরে , ওজা। থমজরল্লগে।"

শান্তনু চে লৌদুনা মহাক্কী ফাইল মনুংদা হাপ্লম্মী। মহাক নুপী অনীদা য়েংলকই।

"কেশ হৌখিবা নুমিত্তগী নখোয় চেকশিনবা হায়বা ৱাফমদু কাউবা য়াদ্রে।"

"ওজাগী পাউতাক ইঞ্জগনি।" মখোয় অনীমক্না খুম্মী।

"হয়েংদগী ঐগী প্রোগ্রাম য়াম্না কৃংঙি। নখোয়না ঐবু হোটেলদুদা

উনবা ফংলোই। ঐ লাক্কে। ফরে, অদুদি, ঐখোয় কায়নরসি। ”

“ ওজা মরকসিদা ব্রা অমত্তং ... । তপ্না হৌগৎলকপী শকুন্তলা টেবল মচিদা পায়রগা হায়জরকই, “ ঐখোয়গীদা চাক চরা অমত্তং ফংবীরবদি নুংঙাইজগনি। ”

“ মতম লাকখিনি, হৌজিকমক্তি খরা চিল্লি। ”

“ ওজা মফমসিদা কুইনা লৈবীররোই হায়বীখি, নুমিদাংদা ওইরবসু মতম খজিক্তং কাইথোকপীবা য়ারোইদ্রা? ”

শান্তনু নোকফেৎ তৌবদু চীনবান্দগী হৌখি, কুইনসু মাঙখিদে।

“ নুমিদাংদদি নখোয়গী গেট অদুক চেংনা লোল্লগা। কৌনবসু ফত্তে। নূং লংশিল্লক্লগা নখোয়গী হূই খোঙহন্দুনা ঐ লাক্লে হায়বা খঙহল্লকপা তারিব্রা? ”

“ ওজানা লেঙবীরক্কদবা নুমিৎতু তাকপীয়ু, অহীংচুপ্পা ঐখোয় গেটতা ঙাইজগে। ” শকুন্তলা নোক্লম্মী।

“ তাঞ্জা য়েংখিগে। লাক্লীংলিবনি, মতম্ম ফংলবদি। ”

ব্রারী শান্ন- শান্ন মখোয় অহুম কের্ন্টিন্দগী থোরক্লে। অদুগী তুংদা মখোয় লন্বী অহুম থোক্লা কায়নরম্মী।

পূং অহুমদা শান্তনু লাইব্রেরীদগী থোরকই। মহাক য়ুনিবর্সিটি গেট লাম্থোক্তুনা, বালাখোয় স্কুলদগী মিটর য়াম্খৈরোম লাপ্পা, সড়ক মপান উরুম অমদা গাড়ী ঙাইবা ময়াম মরক্তা লেপ্লম্মী। মীকুপ খরগী তুংদা বালা স্কুল বসতা কাখৎখিবা উই, মীশীং শুবা ঙাইনরি। মরকসিদা হোটেল অমদগী থোরকপা পাখং মরি, অনী- অনীনা মোটোর সাইকল অমমদা থৌগদবগী থৌরাংদা, শান্তনুগী মাঙদা লেপ্লম্মী। বালাখোয়গী বস থৌখিবগা পাখংশিংদু তুংইন্দুনা চৎখ্রে। শান্তনু খুদক্তা ওতোরিক্সো অমা ব্রায়রগা অৱাং পাংনা চুমদ্রিং থৌহল্লম্মী।

কংলা গেটতগী শান্তনু স্কুল বসতগী হেনগৎলক্লে। বালাখোয় লৈরক চঙফম য়ৌরকপদা মহাক ওতো রিক্সোদু থাদোকখি। মহাক মমাঙগী অহীংদা ফমখিফম ব্রেটিং শেদতা লেপ্লম্মী। অকনবা নুংশিৎনা হুল্লকপা উফুল ঙাকথোক্লবা অপাকপা রুমালনা চীন অমসুং নাতোন কুপ্পা চেংনা

পুনশিল্লম্মী। সাইদ তৌখিবা বসতগী বালা কূমথহৌরে। মহাক তপ্না তপ্না লৈরক্তা লৈশিনখি। মীকুপ কান্নদনা, তুংথা মাঙথা য়ৌরকখিবা মোতোর সাইকল অনীনা মতুং ইন্নখ্রে। শান্তনু য়াম্না চেকশিন্না প্রপ- প্রপ মখোয়বু তানখৎপা হোৎনৈ। পুখ্রী মপান অহাঙবা মপাদা, বালাখোয় থোঙ্গাল নকশিল্লকপগা মোতোর সাইকল অনীনা লৈশাবীদুবু তুং- মাং থক্তুনা থম্বদু মহাক্না থাপ্তুক উই। শান্তনু হোৎচিল্লি। মোতোর সাইকল অমদগী নুপা অনী কূমথরগা বালাগী খুজেং পায়দুনা চিংঙি, গাড়ীদা ইনখৎনবা হোৎনরি। শান্তনু য়ৌশিল্লক্লে। বালা কন্না খাঙঙি। লাউরম্বদগী ময়ানা অফং অফংবা চিক্লম্মী। লংত্রিক লংবা থাঙ অমা শৎলগা নুপা অমনা শান্তনু চঙশিল্লক্তনবা ধমকা তৌই। ঙাইহাক কাউন- থিন্নরবা তুংদা শান্তনুনা থাঙ মুল্লগা লংথোকখ্রে। মহাক্না মুক্তুনা লৈবদগী বালা নাম্থোক্লে। অকনবা নুংশিৎ মরক্তা লৈকাইগী মী খরসু চেম্থোরকখি। লমহেনবশিংদু খুদক্তা মোতোর সাইকল থৌদুনা চেনখিরম্মী। থৌওংদুদা বালা ইকাইমনখ্রদুনা কপ্না কপ্না য়ূম্লোমদা চেনশিল্লম্মী। মহাকপু কনবীখিবা মীদু কনানো হায়বা হন্না ফাওবা য়েংলমদ্রবনি। লৈকাইগী মীশিংসু মহাক্কী মতুং ইন্নরম্মী।

শান্তনু সড়ক্লোমদা প্রপ- প্রপ থোরক্লে। মহাক মিনি বস তোংদুনা লৈফম হোটেল পাংলকখি। মশাদা চৈনা খরা ফাওই, মখোঙ- মখুৎতা হুবাৎপা খরা য়াওরে।

পূং মরি- মখায় তাবা মতমদা মহাক দলীল জেরোক্স কোপী অনীগা লোয়ননা উরিপোক্লোমদা উকিলগী য়ূম থিবা চৎলম্মী।

কোর্তগী হল্লকপতা ঙাইরিবা উকিলগা মহাক্কা চেম্বরদা ফম্মিন্নরে। মহাক মশাবু লৈখিদবা গম্ভীরগী মরী- মতা অমনি হায়না শক্তাক্লগা কেশকী ৱারী- ৱাখোঙ হৌদোকই। উকিলনা মায় পাকপগী থাজবা পীদুনা পুক্লীং থৌগৎলকখি। কেশকী মেরিট য়াম্না লৈ, শেন্দোই-শেল্লেপ পুন্না শিংহনগনি, অদুবু আরগুমেন্ট খরদি তৌনগদৌরি হায়রকই। মতম অসুক কুইবসি করিগী কেশ তৌদনা লৈরক্লিবনো হায়বসি কোর্তনা হংলকপা শোয়দ্রবনি। দলীল ইবা মী অমসুং সাক্ষীনা কেশকী পাঙ্গল হাপকদবনি হায়বসি উকিলনা হঞ্জিন হঞ্জিন তাক্লকখি।

শান্তনুনা ৱাফম অসিগী মতাং শেংদোকখি। দলীল ইবা উকিল মনি মশামক্কী মনাওনা সোসাইটিগী সেক্রেটরী ওইরি। উকিল অর্থ লৈনা নোক্লম্মী। দলীলগী জেরোক্স কোপীগা লোয়ননা লূপা লীশিং মঙা উকিলদা শিন্নরে। ড্রাফনচিংবা শেম শাবা লোইরগা কেশ ফাইল তৌনবা শকুন্তলানা সহি তৌগদবনি হায়বা উকিলনা তাক্লকখি। শান্তনু থোরক্লে।

মহাক্না হোটেলদা থুংলবা মতমদা মমলে। মহাক কাদা কোফি কপ অমা থক্লগা ৱাখল তৌরম্মী—' কনা লৈজদ্রবী মমা-মচাবু ঐনা লাল্লক্তা ইনশিল্লে। মখোয়বু শেন্নবীগদবসি কনানো? য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চনশিল্লকপা হৌরে। মসি মখোয়না ফজনা খঙলমগদ্রা? অহীংদা চেকপল লানশিন্নবা হোৎনরম্বশিংদুগা ঙসিগী লমহেনবশিংদুগা মীশক অমত্তা ওইরমগনি। শেল পূবগী দলীল খূৎচন্নবা হোৎনবদা মখোয় অহীংদা লুট তৌবা লাকখি, নৌরিবী বালাবু ফানবা হোৎনরকই। বালা ফাবদা কান্নবা লৈ। ওবিজিনেল দলীল ফংবা লায়রে, শেল কোক্লবা য়ারে। থোরকপা য়াবা খুদোংথীবশিং হায়রুবদা মখোয় মথ্বায় ৱামনবনা লৈফম চাফম খঙলরোই। খঙহন্দনা থন্বসু অশিংবা থবক নত্তে। মখোয়গী চৎথোক- চৎশিন্দা, অহীং- নুংথিল য়ূমদা লৈবা মতমদসু, হেন্না চেকশিন্নবা তাক্তবা য়াদ্রে। ঐনা মখোয়বু ঙাকপী শেনবীবা ঙম্ফম থোক্তে। মতমসি খূৎলাই পায়বশিংনা চাউরি। অদুগী মথক্তা ঐদি গুৱাহাটীদা হনগদবা মতম নকশিল্লক্লে। মরম পূন্নমকসি মখোয়দা শেংনা খঙহনফম থোকই। হূরানবশিং অদুনা প্রপ প্রপ থবক চৎথরকপসি ফরিবনি। ঐনা মখোয় অনীগীদমক করিগুম্বা খরদি পাংবা ঙমখ্রে। মথংদি ... ? কনাদা শিন্নগনি? অহল ওইরবা য়ূমঙাকপনা করি থৌনা উৎপা ঙমগনি? মখোয়বু কদায়দা থৈদোক্লগনি? ঐ মখোয়গা খুদকসিদা উনদবা য়াদ্রে। ঙসাই থৌদোক থোকফমদুদা বাল্লানা ঐবু শক খঙলমগদ্রা? খঙলমগদবা মান্দে। মহাক ঐঙোন্দা করিগী ওনশিল্লমদফম থোকপগে? '

অসুম খল্লুরগা শান্তনু থীন্থনীংদ্রে। মহাক মন্ত্রী পুখ্রী পাংলকখি। থাবল অমসুং ইলেক্ট্রিক্কী য়ান্নবা মঙালদা মহাক শকুন্তলাখোয়গী থোঙ্গাল য়ৌরক্লে।

গেট কন্না লোল্লি। মহাক ইমুংগী মীশিংবু কৌবা পামদে। হাংদোকহন্দবদি য়াদ্রবনি। উপায় য়েংবদা নূং অনী খুল্লগা শুমাঙ তম্না লংশিনখ্রে। হূই হৌনা হৌনা খোংলকই। মহাক লেঙদনা গেটতা লেপ্লম্মী।

মমা- মচা অমম্বদা থোরক্লে। মখোয়না মনুংদগী শান্তনুবু উখ্রবনি। গেট হাংদোক্লবদা শান্তনু মনুংদা চঙলম্মী। মমা- মচা ইপা পাখৎনা উবতা নত্তনা ব্রা ইঙাঙ ঙাঙনীংদবগুম তৌই।

মখোয় অহুম ময়ায়কাগী সোফাদা ফল্লম্মী। শকুন্তলা মীত্তা ঈরা চেন্না হৌরকখি, " ওজা, তৌরক্লিবা মতৌসি করিনো, নৌরিবী ইচাগী পুন্সি মাঙহনগদৌরি। "

" কৈদৌরবগে? " শান্তনু তপ্না হংঙি।

শকুন্তলানা ঙক্লা য়েংবদা বালাসু য়াওই।

" ওজাবু পাপীশিংদুনা তৌরম্বা থবক উবীহৌবা নত্ত্রা? "

" কনা পাপী? ঐ ভাব তাদে। "

মমা- মচা ঙাইহাক ঙকচানরপ লুকথৈ। শকুন্তলানা পান্দম য়াওদনা য়েংবদু ব্রাখন্দা উঙবনি —' ইচাবু কনবীরম্বা নুপাদু মহাক নত্ত্রবদি কনা ওইরমগনি। শাওং- শাবান য়েংবদা মহাক মাল্লি হায়না ইচানদি তম্মী। অমবু ওইরো, অমবু ওইরো, থৌদোকসি খন্নদবা য়াদ্রবনি। লৈকাই মী খরনদি পুলিসতা তাকউনবা হায়। মশক খঙনহৌবা য়াওদে। মদুদা মখোয় হঞ্জানখিবনি। '

টেবল মথক্তা তারিবা সনা খূদোপ অদুদা শান্তনু ঙক্তক য়েংলম্মী। মহাক ব্রাদি হায়দনা মোমোন নোকখি; অদুগা মমা- মচাদসু হূরপ য়েংঙি।

" অসিবু ওজাগী নত্ত্রা? " শকুন্তলানা খূদোপ লৌখত্তুনা হংলকখি।

" উম, ওইরমাল্লে , কদায়দা লৈরল্লিবনো? " মহাক খূদোপ লৌই, " নোংম- নীনিসি ঐ করিনো খুদোপকী ব্রাখলবু ইতৌ তৌরুদে। "

মহাক খূদোপ শিজিনখ্রে ; ওইদবা ঙাঙবগী হৈনবী লৈতবনা মায়থোং ঙাংঙি। মমা- মচাবু চিংনবা অমসুং অঙকপনা লাকথুরে। মখোয় তুমিন লৈ। সনা খূদোপ অদু লৈকাইগী মীশিংনা থৌদোক থোকফমদগী খুল্লক্লগা মখোয়দা শিন্নরম্বনি। শান্তনুগীনি খঙবনা মখোয়না লৌহৌবা

ঙমখি। অরোনবনা করিনো, অফোংবনা করম্বা, নুপী অনী কোক ঙাওরে।

" ওজা, ৱারীদু তমজরগে।" শকুন্তলা মখা তাই, " মোতোর সাইকল তোংদুনা লাকপা নুপা মরিনা থোঙ্গালমক্তা ইচাবু ফানবা হোৎনরল্লে। থাঙ মুক্তুনা, ইচাগী খুজেং পায়দুনা চিংখিবা নুপাদু সোসাইটিগী প্রসিদেন্ট উধবগী মচানি, নোংমা মপাবু থেম্বা শাহৌবদুনি হায়না ইচানা শক তাক্লি। মাগা ইচাগা মমাঙ শকখঙনবসু লৈতে। মখোয়গীসি দলীলগী মরমদগী ওইবা তারে।"

" অচুম্বনি। থোরকপা য়াবদু ঐখোয় পন্নখ্রে।"

" নুংঙাইনদবদি য়াই, অসুম্না অকি- অখং, অমাঙ- অতাগী থবক্তি তৌরক্কনি খল্লুদে।"

" শোয়দনা তৌরক্কনি, হৌজিক হৌরক্লে। সোসাইটি অদুগী অশেংবা মপু উধব অমসুং উকিল মনিনি। বালানা উধবকী মমৌ ওইরবদি শেল তোন্নদ্রে হায়বা খনবা য়ারবনি। করিগুম্বা মখোয়না বালাবু ফাবা ঙমদ্রবদি দলীল থিরক্কনি, নমদুনা লৌনবা হোৎনরক্কনি। দলীল উকিলদা শিন্নদ্রি। ঐ মফমসিদা তোয়না লাকপা য়ারোই।"

মুন্না তারম্বী বালা খন্নবা য়াওরকই, " ঐখোয়বু নুপীনি হায়দুনা মখোয়না হেক্তা লাকচবা য়াগদ্রা ? ঐ হয়েংদগী থাঙ য়েপ্তুনা চৎকনি, শুকথা থাদোক্লোই। হেন্দ-হেঞ্জিল্লক্লবদি নোংমৈ লৈগনি, হাত্তোক্লগনি।"

শান্তনু নোক্লম্মী, শকুন্তলাদি মপি তৈথোক্লগা মখা তারকই," অচুম্বনি ওজা, ঐখোয় চেকশিন্না লৈনবা হোৎনজগে। অদুগা, ওজাসু ঐখোয়গীদমক খুদোংথীবা নংগদ্রা ৱাজৈ। গুৱাহাটীদা য়াম্না থুনা লেঙবীখিবা ফরগনি। কেশ পায়বীগদৌরিবা উকিলদা ৱারোল খরদি শিন্নবীরম্মু।"

" নখোয়না ঐগীদমক ৱারিবসি নুংঙাইজদে। অদুবু ফরে, দরখাস্ত সহি তৌগদবা নুমিৎ অদুদা ঐ নখোয়বু লৌবা লাক্লগে। ঐ চৎলগে, চেকশিনসি।"

শান্তনু হৌগৎলকই।

" করিদা চৎপীখিনি, মতমসি থেঙলে।" বালা খান্নীংবগুম হায়।

" থোক্লগা য়েংলুরগে। ফংদ- ফংদ্রগা খোঙনা চৎকনি, কুইনা

চঙগদবা নত্তে। ”

শান্তনু চৎখ্রে। অহীং ওইশিল্লকই। নুপী অনী চাদনা পুক থনগৎলকই। লৈকাই মীয়ামগী থৌজান্দা শকুন্তলা পুক্লীং নুংশিরকখি, কয়াদা তোল্লবা। মামতোনসু অহীং তূমদনা সন্থ্রী তৌগনি হায়না পান্বোম তিংলল্লি। মখোয়গী অকিবদি খরগীমখৈ কোকখিবগুমদি তৌই। অদুবু চিন্তানা অসুম নন্থরকপদা শকুন্তলা চাক্কী ব্রাখল থাদোক্কুনা ফমুংদা চঙলম্মী।

শকুন্তলাগী কোক্তা ঙংদুনা লৈরে— ‘ করিগীনো শান্তনুনা বালাগী পুন্সি কন্নবা হোৎনবদা শক লোৎলিবা? খুদোংথীবদগী মশাবু ঙাকথোকচনবা লোৎলবসু ঐখোয়দদি তাকথোকপা য়াদব্রা? অনীশুবদা, মহাক্লা ঐখোয়গীদমক অসুক য়াম্না ব্রাবীরিবসি করিগীনো? মঙোন্দা করি ওইজবা ফংগনি খনবগীনো ? য়েংবদদি মহাক লন- থুমগী কল্লক মীহৌবা লৈতবগুম উই। সোসাইটিবু শেল শিংহন্নবা কেশ তৌবগী মতাংদা মহাক কন্না শৌগত্তে, ইনশিনবা তৌদে। তাইবংগী মীনুংশি হায়বা লোনচৎ অসিদা মহাক ব্যবহার য়াম্না তৌজবা মী মাল্লি। মহাক ঐগী ইপুরোইবগা শকখঙনখিবা মরূপ অমা নত্তে। মরী- মতা থোক্লবসু নত্তে। চুম্না থৌদোক অমদা ঐবু তেঙবাংবীরকখিবা মীশক অমনি খন্না ঐনা ব্যবহার তৌজরুবগী ব্রানি। মহাক্লসু ঐখোয়গী ইতু শোঞ্জবসি উরগা থৌজান পোকখিবা ওইরমগনি। মসিদি তাইবং মীওইবগী মরক্তা অদুক উৎনবা লোনচৎনি। অততাই ফুদোক্লফমদি ওইদ্রি। ঐখোয়গীদমক মহাক খুদোংথীবা নংহনফম থোক্তে। ঐখোয় মহাক্কী মতেং পাল্লবসু নিরুদবা ফরে। মতাং অসিদা মহাক্কী খোঙথাং অমসুং থৌওং নৈনফম থোকই। মহাক পাখংনি। চহী নিফুগী মখা পাখং শরীনি। নহান মখোয়গী খুরাতোন্না হায়খিবদু খজিক্তং তাহৌই। মথৌ চিনমনবদগী ওইরো, করিবু ওইরো, অসুম্না লুহোংবদা পুক্লীং চঙদবসিগী মরম লৈ। মশক্তা হায়রে, শিনফমদা য়েংলে, মঙোন্দা নপ্লীংলোইদবা নুপী লৈবাকসিদা লৈরোই। অসুক কুইনা নুপীদগী লাপথোক্লা লৈরকই হায়বসি অশেংবা ওইরমগদ্রা? নত্তগনা, নুংশি- নুংওনগী খোঙচৎ অমদা থীমন্না নীংবা কায়খিবদগী পুন্সি চুপ্না লুহোংলরোইকা হায়খ্রবা জাৎলা? নহান মহাক্লা হায়খিবদু ঐ কাউরোই— ‘ ইবেম্মগী ইচানুপীদু মরম

য়াম্না ওক্লমগনি। মশকসু য়াম্না ফজে। ' চহীদা চাউনা খেন্নরবসু মহাক পাখংনি, নুপানি। মহাক্না নৌরিবী লৈশাবী অমা লুহোংবা হায়বসি চংনবীগী ৱাংমদা লৈতে। অদুদি, হৌজিক মহাক্না ৱাফমসি অওই তানা ফোঙদোরক্লবদি ঐ করি পাউখুম পীগনি? ইচাগী অনীংবা অমসুং অপান্বদা ইন্থোকফম থোক্লিব্রা? ঐগী ফিরেপ লৈগদবনি। ঐনা মহাক্কী অপান্বদু শৌগৎলুবদা ইচানা করি খনগনি। মাসু ঐগুম্না মহে তন্বা মপুং ফাদ্রিঙৈদা মৌ ওইহল্লগদ্রা? মসিদা ঐ ইরায় লাযনা য়াথোক্কদ্রা? মীনোক চঙবগী মথক্তা ইশাগী মাঙজবসু খন্দবা য়ারোই। ঐগী ৱাখলসিবু কদায়দগীনো? মহাক্কী মচীন্দগী করিসু তাদ্রি, মপুক্লীংগী ইঙ্গিৎসু পীরকখিবা লৈত্রি। মসিদা ঐনা হেঞ্জিন্না থিজিল্লুবসি লৈবাক মচা তাদবনি। নাতে চাদ্রবদি ঐ চোপকনি, মহাকপু ইকাইবা পীবা ওইনা থোক্কনি। ওইনীংবা ওইরসনু, খন্নীংবা খল্লসনু মহাক ইমুং অসিগী ইজ্জৎ অমসুং পুন্সি ঙাকপী শেনবীবা মীশক অমদি ওইবি। '

শকুন্তলা স্বর শাংনা শাংনা হোল্লম্মী। মতৌ অদুমক্তা মচানুপী বালাসু ফমুংদা থরো থরো ওন্দুনা, তূমদনা লৈরে হায়বা মহাক খঙলম্মী।

বালানা কৌরকই, " ইমা, ইমা। "

" কৈদৌরে ইবেম্মা, তূমদ্রিবরা? "

" ঙসি ওজা শান্তনু লৈবমদ্রবদি ঐ খুদোংথীরমগনি। মতম অমদা মহাক্না ইমাবু কনবীখি, ঙসিনা ঐবু। মহাকসি ঐদি লাই ওইনা খল্লে। ঐগী পুন্সিনা মঙোন্দা শিংবা ঙল্লরোইদবা লমন অমা তোনশিল্লবনি। "

" ইমুংসিনা হায়য়ু। হৌজিকসু মাঙলুরবা শেলফম ফংনবা কয়া কন্না হোৎনবীরি। ঈংনা হিংজবা পান্বা মানা ঐখোয়গীদমক মৈশা লাংলি। "

" ইমা ঐ মহাক্কা হৌজিকমক উননীংঙি। "

" করিগীনো? অহীংসিদা ওইথোক্লরোইদবা ৱাদুবো? হয়েং অযুক নোংঙান নোংশারগা খন্নসি। মরমদু হায়য়ু। "

" টেলিফোন লৈতবসি ওন্থোক্না নুংঙাইত্রে। লাইন পুশিনব্রা নত্ত্রগা মোবাইল ফোন হায়নবদু অমা লৈব্রা, অমদি তৌসি। ঈ- পাউ লৌনবংদা ঐখোয় য়াম্না ৱারে। "

" ঙাইখো, মদুসু কোন্না লেপ্লসি, নঙগী ৱাদু হায়য়ু। "

“ লুরিবদি, হয়েং মতমদুদসু মহাকপু হোটেলদুদা ফংদবা য়াই হায়রম্লিবদুনি। ইমা, অতৈগী নত্তে, ঐখোয়গীদমক হেনমন্না ৱাবা তৌবীরগনু হায়নীংলবনি। ”

“ ৱাফমদুগী ওইরবদি ঐনসু হায়খ্রে। হৌজিক মহাক লাকপা ঙাইবা তারবনি। ”

মমা-মচা শান্তনুগী মরমদা শান্নবা ৱারী লোইশিনবা ঙমদে। অহিং মমৈ ওইরক্লে। মখোয় ঙাইহাক পোৎথানবা তুমিন লৈনরে।

# ৫

নুমিৎ হুম্নি শুরে মমা- মচাগা শান্তনুগা উনদবা। শকুন্তলা য়াম্না ৱানা ঙাইখি, বালাদি পোৎথাফম্বু খঙখিদে। লৈফম থিরক্তনবা শান্তনুনা মখোয়দা হায়রম্লে। মদু মখোয়না চৎথোক চৎশিন তৌবদা থোরকপা য়াবা খুদোংথীবদগী ঙাকথোক্লবনি হায়বা খঙলবসু শকুন্তলা থোঙ্গাল ৱাংমা লানগে লানগে তৌই। বালা ক্লাস য়াম্না নাম্থোকখ্রে খল্লুবদা কপখি। খ্বাইনা থাগৎপীবগী মায় ঙাক্লবা হোৎনবদা মহাক মতম পূম্নমক্তা লাইরিক্কা থাদোক্লদবনি। পুন্সিদা অসুম্না য়ৈখাই থিনগাই থোরক্কনি হায়বা খক খল্লুদে। হৌজিক মমা- মচা জেলদা লৈবগা পাংখক ওইরে। গেট মপান থোকপা য়াদ্রবনি। স্কুল কাবা ঙমদবগী নুংঙাইতবনা বালা ঙাওরম্মী; চানীং থক্লীংদ্রে। শকুন্তলা তোয়না শোল্লম্মী, উকিলগী য়ূমদা সহী তৌরুনবা লৌবা লাকপগী মতমদি ওইরবনি।

চমজরবী বালাবু ইকাই ফিরুক খুমহনবগী পাউ স্কুল য়ৌখি। ক্লাসকী মরূপ মপাংশিং ঈহং- পাউহংনবা লাকপদা ওজা খরসু য়াওরকই। মখোয়না স্কুল কেম্পস মনুং অমসুং মপান্দা অহেনবা চেকশিন থৌরাং ওথোরিটিনা লৌখৎলকপগী ৱাফম তম্লে। বালাদা য়াম্না থুনা স্কুল কারক্লবসু হায়রম্লে। মা কপখি, হোয় নক্তগা মাই খুম্না ঙমখিদে।

বালা শান্তনুনা লাকপা য়াবগী ওইথোকপা মতম হঞ্জিন হঞ্জিন

খন্দুনা লৈরে। করিগুম্বদসু মহাক ইকাইজবা ফাওই। লুরবা তানফমদা কনবীনবা চোংথোরকপা মহাকপু মখোয়গা করি মরী থোক্লরিবগে, খন্দবা ঙমদ্রবনি। অতোপ্পশিংগী য়াইফনবা খনবা মখোয়সিবু নত্ত্রা ধর্ম্ম চেনবা হায়নরিবসি, মহাক্না ইকাই খুম্নজে। শেল থৌরুবা অমসুং মাঙলুরবা দলীল উত্তুনা কেশ থাঙ্গৎপগী ব্রাফম হৌদোক্লুবদগী অরুবা ব্রাথোক খরা শোয়দনা লাক্লগনি হায়বা শান্তনুনা খঙবদগী মখোয়বু শেন্নবীরম্বসু য়াই খল্লম্মী। ‘ গেটতগী নূং লংশিন্দুনা ঐ লাকই খঙহনগদ্রা? ’ হায়বা মহাক্কী ব্রাঙাঙদু পাউখোং ওইরম্বা তারে। খল্লকখি – ‘ নহান হূই য়াম্না খোংখিবা অহীংদুগী নোংঙাল্লকপদা সড়ক্কী নূং অহুম শুমাঙদা তারম্মী। মদু মহাক্না হুঞ্জিল্লকপা ওইরম্বা য়াই। অসুম্না তৌরিবসিবু করিগীনো? ’

কানুংদা ফমদুনা মখল- মথেল খল্লম্বদগী বালা মপান থোরকখি। নুংশিৎ নুংশা নেল্লল্লে। তরাহুমদোইনি পানবা থাজনা নুমিৎকা মায়োক্লরুবদা ইকাইরবগুম য়েংলকখি। হয়িংখোইশিংনা নংহৌররোই খন্দুনা হৈনৌ মপান্দা য়োল্লি। শাৎকাইরকপা গুলাব লৈনাশিংনা উফুল- ব্রাইফুল কন্থোকপদু য়েংবদা কয়া নুংশিরিবা। লোন্দুনা থল্লিবা গেটপু অমুকসু য়েংলুবদগী হল্লকপা মমাগী খোঙথাং লূম্মী। মতম লৈবা খিবিক্তা কল্লক মৈশা পক্তবী, হরাও মীনোক চেনবী মমাগী মায়থোংনা তাইফেৎ তারকপদা মা খমথেংনা চাকচৈ।

শুমাঙদগী থোঙ্গাল, থোঙ্গালদগী শুমাঙ, হঙ্গৎ- হন্দা পান্দম য়াওদনা, শহরগী নিল-খোংবগী ঈথিল চঙদনা শকুন্তলা য়াচংবা মতম ফাওবা চৎলম্লগা ইমুংদা চঙলক্লে। নুমিদাং চরাগী থৌরাং মতম য়ৌরক্লে।

ঙসিদি শকুন্তলা য়াম্না ঙন্না পূং নিপান্দা ফমুং কাখৎলম্মী। হৌখিবা অহীং খরসি মপূং ফানা তূমখিদে হায়বা বালানা খঙঙি। মাসু তূম্নীংবা ফাওদে, লাংতক্লবনা হেল্লি। নুমিৎ হুম্নি মরিনিসিদা পূৎথখিবা পারা করম্না ফুগৎসিগে খল্লগা লাইরিক খরা পুথোক্লম্মী। পূং তরা তারে। মমানা নাখোকপা তারে। মহাক লাইরিক্তা পূক্নীং লুপশিনবা ইঙম ঙমদ্রি , মশীং য়াম্লে হাইদোক্লিবা। লাইরিক ময়েক্তি তূম্নীংবগী মরূপ্নি , অদুবু ঙসিদি ইনক নকশিন্নদে। মমিৎ শিংবা অসুম অসুম হেনগৎলকই।

ফমুং নাকল থোঙনাউ মপাদা ' বুব ' লাউবা মখোল অমা বালানা তারম্মী। লৈতৃম- নৃংদুম হুল্লকপা মাল্লি। মাঙ্গোন্দা হূই অনী অহুল্লক খোংলল্লগা তুমিন লৈখ্রে। মহাক হৌগত্তুনা ইমুংগী সীঢ়ী তম্না চৎলি। মমাগী কারোমদা য়েংঙি, কৌসিরা খল্লুবনি। মখোয় অনীগী লোন্নবা কাগী পর্দা হাইদোক্লুই, মমাদি তৃন্লি।

বালা যৃমথক্কী খা থংবা রেলিংদগী সড়ক্লোমদা কোইয়েং য়েংলম্মী। ইমম মন্মি। ইলেক্ট্রিক মৈঙাল লৈতে, লৈচিলনা থাবু খনখ্রে। থব্রান্মিচাক অমত্তা থোক্তে। সড়ক্তা লেপ্লিবা নুপাদু মশক লেপ্লদা মাবু তেঙবাংলিবসি মূর্তি অদুখক্তনি। চুম্মী, ৱাং- চাউবা নুপাদু শান্তনুনি। লৈতুম হুল্লকখিবদু মাননি হায়বা খঙলে।

বালা লোন্তক কৌরম্মী, " ওজা! ওজা! "

শান্তনু মথক্লোমদা য়েংখৎলকখি, মানসু নাশোন পিক্লা হায়রকই, " ঐনি, গেট হাঙঙু, চঙলক্কে। "

বালা তফিং তফিং মখাদা কৃমথরক্লে। হন্দকসু মমা হৌদোকসিরা খল্লি। অদুবু অঙকপনি মঙোন্দা ঙসি ফাওরক্লিবা লৈশাবীগী লন্নাই অরোনবা ৱাখল। ওইজবা থিবমক্তি নত্তে, মাগীসি শান্তনুদা থম্বা ব্যবহারনি; ইকাইবা নংহন্নীংদবনি। মহাক্লা তৌরিবা ময়ামসি মমানা খঙলমগনি হায়বদি খক খল্লুদে।

বালানা গেট য়ৌবগা ঙাইরম্বা শান্তনুনা মপান্দগী হায়রকই," খরা থুনা হাংদোকউ। "

শান্তনু চঙলক্কুনা গেটকী বোল্ট অমুক লোনশিল্লি। মখোয় অনী বটল ব্রশ অমগী মরুম, অমম্বা মফম অমদা লেপ্লম্মী। শকুন্তলানা মাঙ্গোন্দগী য়েংলি হায়বা মখোয় খঙদে।

ৱা কয়া ঙাঙগন্দবী লৈশাবীনা হংঙি, " ওজা , করি অরুবা ৱাফম লৈরবগে? "

" মরমদু তাক্কে, ঐখোয় মফম চানা লৈখিসি। " শান্তনু মাঙ থাদুনা চৎপা হৌই।

বালা শান্তনুগা উনবা নুমিৎতগী করি কৌসিগে খল্লকখিবনি।

লেপফম খঙদনা, মমাগী মিংগৌ ইন্দুনা ‘ ওজা ’ কৌখিবনি। মসিদা অশোয়বা খরা লৈরম্বা য়াই খন্দুনা নুংঙাইজদে।

মী অনী য়ূল্লোমদা নকশিল্লকৃবদা শকুন্তলা লোন্না ইমুংদা চঙলকখি। মহাক খূৎলৈ থুনা ফমুং য়োশিল্লি। মপুক্লীংদা খল্লম্মী —‘ মসি ওইবা তারে, মমা- মপা ওইবশিংনা মচা লৈশাবী ফারক্লবদা মমীৎ তাঙশিন্নে, না পঙশিন্নে হায়নবদু। ’

অনীদু ইমুং চঙলক্লে। মহাক তু খ্যাও চুংখি, ইকাইজবনা লেঙনীংদে। বালা শোয়দনা চঙলকফম থোকপনি। মহাক ইয়া য়ানীংদে। মশাবু মমল লৈহন্দবা চুমদবনি।

য়েনখা য়োরকপগা শান্তনুনা হায়, “ লমহেনবশিংদু ঙসি চেকপল লানশিন্দুনা চঙলকপা য়াই, মখোয়গী থৌরাঙ ঐ খঙনীংঙি, থিংদবসু য়াদবনি। নখোয়বু খুদোংথীবদা তাহন্নীংদে। ”

“ অস! অদুদি! ” বালা শ্বাই পাখৎখ্রে।

মাগী তূম্ফম কাগী থোঙনাউ মপা য়েনখাদা মচা লৈশাবীনা নুপাগা লেপমিন্নরে হায়বা শকুন্তলা খঙলবনি। হূইনা মখোয়দা চোংখৎ- চোংখত্তুনা খোৎপসু তাই। মখোয়না লোন্না শান্নবা ব্বারী অহীং ওইবনা ফক্লাংনা টেলিফোন ওইনা পুশিল্লকই।

শান্তনু চেকশিন্না হায়, “ নঙবু মখোয়গী খূৎচনখিদনবা হোৎনবা ঐগী ইথৌনি। অদুগা ব্বাফম অমনা, ঐ মনাগীদমক থবক তৌদে হায়বসু খঙহন্নীংঙি। ”

বালানা খুমখি, “ অসুম্না ঐখোয়গী পুন্সিবু ঙাকপী- শেনবীরিবা মীগী মফমদা তৌবীমল উৎচনবা থৌনা অমসুং ব্বাখল লৈজে হায়বসু ওজানা খঙবীয়ু।”

“ ইবেম্মা বালা, নঙ চঙখ্রো। হৌজিক্তি নঙনা ঐবু য়ূমসিগী চৌকীদার হাপ্পবনি, ইশানসু য়াখ্রে। অরোনবা ব্বাফমসি ইমাদা তমথোকহন্নীংদে, নুংঙাইরোই। ঐ পূং মরি চপ চানা থোকখিগে; গেটসি লোনশিলহৌ। ”

বালা ইমুংদা চঙলক্লে। মাগী থবক মমানা খঙলল্লোই খল্লি। মা

তৃম্বা য়াদে। শান্তনুনা মাবু নুংশিরগা ফোংনা হায়দোকপা ঙমদ্রিবা করিগীনো, হঞ্জিন হঞ্জিন নৈনে। মমা- মপাবু মরূপ্পি হায়না খনখিবদগী ইকাইজরিব্রা? চহী খেন্নবনা অথিংবা থল্লিব্রা? নক্ত্রগা মশাবু অঙাং ওইমল্লি খন্দুনা হৌদোক্লদবা হঙ্গোইরিব্রা? মমানা মাগী চহী মতাংসিদা মাবু পোকখিবনি। নুংশিবদবু চহী থিনব্রা হায়নবা লৈ। স্কোতলেগুদা চহী হুম্ফুতরা শুরবা নুপা অমনা চহী তরাতরুক্কী লৈশাবী অমা লুহোংবগী পাউ মা ঙরাং মেগাজিন্দা থেংনৈ। শান্তনু পাখং শরী ফাওবা চন্দ্রি, চহী কুন্থ্রামঙাদগী হেল্লমগদবা মান্দে। মখোয়গী খা- ব্রাংদা চহী নিফুগী বর ময়াম অমা লুহোংনখি। বালাগী ব্রাখল লমজেল য়াঙখৎলক্লি। অথেঙবা অহীংদা শান্তনুগা লেপমিন্নদুনা ব্রারী শান্নরুবদা ইশা শাগৎখিবদু হন্থবা ইঙম ঙমদবগুম তৌই। হেঞ্জিন্না নকশিল্লুবগী য়াম্নসু ইকাইজরি। অদুদি, অমুকসু মপান থোক্তুনা মহাক্কী মনাক্তা লৈরুনীংলিবা করিগীনো? মসিনি, মহাক্কী পুক্লীংবু ওৎলিবা।

ফক্লাং ঘড়ীনা পূং তরানিথোই য়ৈরক্লে। শকুন্তলা মচাগী মতৌ মপূং ফানা খঙশিন্নররোই খনখ্রবনি। মরম অদুনা বালা অপনবা লৈতনা অমুকসু মপান থোরকপা ঙমখি।

য়েনখাদা শান্তনু লৈরমদ্রে, বালা ফং শাগৎলি। য়ুমগী অকোয়বদা থিরুই, থেংনদে। মল্লবা অহীংদা মহাক কিবা লৈতে। হৈপাল-লৈপাল খুদিংমক্কী মরুমদা মা- মাদুনা য়েংখি। থোকখিরম্বা তারে খন্দুনা গেট লোনশিল্লুনবা মা থোঙ্গাল্লোমদা চৎলি। বালা শাথীনা খংঙি, গেট লোল্লি। করম্না ঙক্লোই। মহাক শুমাঙলোমদা অমুক লাক্লম্মী। হূই মশাগী কূনফমদা লৈরমদে, মনীংলোমদগী ফুৎ ফাওরকই। মমৈ ফর- ফর হাইদুনা মখোঙদা য়েৎলম্লগা হরাওনা অমুক চেনখ্রে। বালা ব্রাখল অমা লাকপদগী হূইনা চৎখিবা মফম য়েংলম্মী। চেকপল তপ নপ্পা শান্তনু হূইগা লেপ্তুনা লৈরল্লে। মহাক মপাল্লোমদগী লংশিল্লকপা প্লাস্তিক কৈরাক অমদা য়েংলি। চেকপল ব্রাংমা লম্বীদা কন্না থৌরকখিবা গাড়ী অনী লেপখিবগা হৌনা লাউখিবা খোঞ্জেলসু তায় —" চেনগনু, লেপ্পু।"

খোঞ্জেলদুগী তুংদা নোংমৈ কাপ্নখ্রে। মরূ মরিদগী তরা, কুন,

দোং-দোং, দ্রর- দ্রর পূম্নীন নিনখি। বালা থক থক নিকই, শান্তনুবু ইমুংদা পুশিন্নবা মখূৎ লাক্কুনা চিংলম্মী।

মপান থোকখিবী মচা লৈশাবী কদায়দনো লৈরমগদৌরিবা , করি থোক্লমগনি খনবদা মিপাইরবী শকুন্তলা মপান্দা চেন্থোরক্লে। মখোয় অনীদু উদে। চেকপল ব্রাংমদদি সিফাইশিং লাউ-খোংনরি। নোংমৈ কাপ্লবা লেপখ্রবনি। মহাক ইমুংগী সীঢ়ীদগী যূমথক্তা চেনখত্তুনা মপান্দা লাঙলিবা সিফাইশিংদু য়েংলুই। গাড়ী লাইটনা পূমঙান ঙাল্লি। ময়াং সিফাইশিংগা মণিপুর পুলিস কমান্দোগা পূনবা মাল্লি। কমাণ্ডরনা ওইরমগনি লাউরকপদু- “ প্লাস্তিক কৈরাকসিদগী মী শোয়দনা লানশিল্লম্বা য়াই, য়েংসি। চেকপল অকোয়বসি গোর্দেন তৌ; লিৎথোকহনখিবা য়াদে। মনুং যূমসিদা মীতোপ লৈরম্লবদি ব্রা শাংনা হংগনু লেম্মা থাবা য়াদ্রবনি ”

অমনা খুম্লকখি, “ ফনি সার, অদুগা অনীসিদি শিরে। কারবাইন অমগা পিস্তোল অমগা লোযনরম্মী। নাম্থোকখিবা অনীদু তান্নখিসিরা? ”

“ অমম্বসিদা ফংগনি থাজদ্রে। যূমসি শেন্নরসি। ”

শকুন্তলা মখাদা চেন্থরকই। বালাগা শান্তনুগা ইমুংদা লৈরম্লে। মহাক থোঙ চেৎনা লোনশিল্লি। মপান্দগী মামতোন নুংশা থীনা কৌরকপা তায়। মহাক মপান্দা তফিং তফিং চেন্থোক্কুনা মমাতোন্দা ব্রা খরা হাযরুরগা অমুক চঙলকই ; পাখৎপা হন্থদ্রি।

শকুন্তলা মখূৎ লোন্নদুনা শান্তনুদা হায়, “ ওজা, ঙসিদি ঐনা হায়জবা পূম্নমক ইনবীবা তারে। ”

শান্তনু ইঙক ঙক্না য়েংঙি। করম্না, করিগীদমক মহাক্না যূমসিদা চঙলকখ্রিবনো হায়বা হংলক্তবগীদমক নুংঙাইজদে।

“ য়াম্না পাখৎকনু। করিনো হায়য়ু, খন্নসি। ”

শকুন্তলা খুদক্তা পাউখুম পীবগী মহুৎতা মচারোমদা ওনশিল্লি,“ ইবেম্মা, নঙগী কাদা চৎলো। ”

“ হোয়, ইমা। ” বালা মখা তাদনা চৎখ্রে।

মহাক গমশা অমা শান্তনুদা পীরগা হায়, “ মসি হোংদোকপীয়ু, খরা থুনা। ”

শান্তনু কয়া হৈনিংদনা গমশা লৌরম্মী, অদুগা থেমজিল্লি, " ঐখোয় ঈংথসি। "

শকুন্তলা তহা তহাখি। শান্তনুগী খোঙউপ খোঙগ্রাউ, ফুবিৎ মফম চানা থম্লুরগা তকশিল্লকখি, " ওজা ফমুংসিদা লেঙখৎপীয়ু, হঙ্গোযবীগনু, ঐনা হায়বা য়াবীয়ু। "

শান্তনু ঙকচাননা লেপ্তুনা লৈবে। অমুক হন্না তকশিনবদা য়ূম্নুরেম্বীনা মখূৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা মহাকপু ফমুংদা হিপহল্লে। মহাক মশাদি মচাগী কাবোমদা চেনখিরম্মী। থোঙনাউ মপাদগী মপানগী ইরাং তারুই। লৈরক্তা গাড়ী থোমজিল্লকপা লেপ্তে। মৈতে অমসুং ময়াং সিফাইনা পূম্নিল নিল্লি। লৈকাই মীশিংদি চেক-মোক হায়নরক্তে।

পূং অনী তারে। সিফাইশিংনা গেট হাংদোক্লবা কৌরকপদা মামতোন থোকখিবা তায়। শকুন্তলা ইথক থক্কৎনা শান্তনুগী নাকন্দা হিপ্লে। ফৈজুপ মোনসু পুল্লুরে। শান্তনু খংবগুম হৌগৎকে তৌবদা মহাক্না খাম্মী।

" ওজা, ঙসিদি ঐখোয়গীদমক খনবীদুনা য়ূম্নু শাবীয়ু। " শকুন্তলানা শান্তনুগী নাকোংদা হায়।

য়াবীদবা তৌগনু হায়বগুম মহাক শান্তনুগী লেঙজুম পায়দুনা নিক্লম্লগা ফুক হৌগৎলম্মী। থোঙ খজিক্তং হাংদোক্লগা মপান্দা য়েংলুই। মখোয়গী ইখ্বোলনুংদু তোর্চ কাপ্লা সিফাইনা খুরক হাঙদ্রে। মামতোনগা লোয়ননা সিফাই তরামুকসু শুমাঙ মতোন য়ৌশিল্লক্লে। মহাক অমুক শান্তনুগী নঙ্গন্দা য়েশিল্লে। শান্তনুনা হৌগৎকে তৌবদা হন্দকসু মঙক্তা কোন্দুনা খামখ্রে।

" ঙাইখো, মখোয়না কৌরকপা ঙাইখিসি, চঙলক্লবনি। " শকুন্তলা মীহুল দং দং চোংঙি, " নাতে চারোইদৌরি, মপানসি সিফাইনা থল্লবনি। "

মামতোন্না কন্না কন্না কৌরক্লে। শান্তনু ঙকশমদা কোল্লিবা খূৎ তপ্পা লৌথোক্লগা হৌগৎলকই। মহাক শকুন্তলাবু থেমজিল্লম্মী, " করিগী কিফম থোকপগে, লাল্লুবসু লৈতনা। "

শান্তনু থোঙ হাংদোক্লুরে। মহাক থোঙজিন্দা লেপ্লম্বা

কমান্দো সিফাই ময়ামগা মায়োক্নরুই। ইন্সপেক্তর অমগা এস.পি. অমগা য়াওরি।

নাকন্দগী মামতোন্না শক তাক্লকখি, " সার, অসিনা ইমৌনুপীগী মপুরোইবা ইচানুপানি, মমা- মচাগা মখোয় অহুমখক্তনি ইমুংসিদা লৈরিবা।

ইন্সপেক্তরনা হায়, " ঐখোয় ইমুংসিদা চঙজবা তারে। "

" অকায়বা লৈতে। " শান্তনু এস.পি.দা য়েংঙি, " ফমফম কাসোমসিদা লেঙশিনসি। "

শান্তনু ফুরিৎ লিৎশিল্লগা ইন্নফি অমা চোন্না ইল্লি। মহাক এস.পি. সাহেবকা মায়োক্ননা সোফাদা ফন্নল্মী। মহাক্কী ওয়-য়েত্তা বালা অমসুং শকুন্তলা লেপ্লরে। এস.পি. শান্তনুগী চীং লেম্বা মতৌ য়েংলগা হংলকখি, " সোম্বু করি থবক তৌবীবগে? "

" ঐ ওজা ওইজবনি। " শান্তনু হৌগত্তুনা ফিয়ানফমদা চৎলি।

এস.পি.দু শান্তনুনা পীবা আই. কার্দ য়েংলগা মোমোন নোক্লল্মী, হায়রকখি, " বেরি সোরি, ব্রারৌবীবা য়াদে দিউতি খরা তৌজবনি। "

" থেঙ্ক য়ু সাহেব, নুংঙাইতবা লৈজদে। "

চাকশঙ, তোইলেৎ, য়ূমথক, কা খুদিংমক কাঙখল হাইদোক্তুনা য়েংলুবা সিফাইশিং ইন্সপেক্তরগা লোয়ননা এস.পি.গী নাক্তা লেপ্লরে। এস.পি.না মখোয়বু পুদুনা থোরকখিবদা শান্তনু গেট য়ৌনা থিন্দোক্লুই। ইথ্োলনুংদা চাইখাইরম্বা সিফাই পূন্নমকসু কৌথোকখ্রে। মামতোন্না গেট লোনশিনখিবগা শান্তনু চঙলক্লে।

পূং মরি তারে। ঙাম্থোক্কদবা কুইদ্রবনি। শকুন্তলা হেনমন্না পাখৎপা অমসুং মিপাইবা উৎখিবগীদমক ইকাইজরকখি। হৌজিক্তি মহাক ঙাঙফম হায়ফম খঙদ্রবগুম তুমিন মচাগী নাক্তা ফন্নল্মী। মরকসিদা মহাক্না তৌখিবা থবকশিং, মশামক্না কন্না মেল্লুবদগী মামতোন্না হায়খিবা ব্রাশিংদু বালানা তাহৌ- উহৌরম্বা থোক্লবদি হায়বসিদনি মীহুল ফাথবা ঙমদ্রিবসি। বালাদি শান্তনুগী ইকাইবা মতৌ য়েংলগা হূরপ- হূরপ য়েংলি। শান্তনু হৈনদবা খাঙবদা তোইলেৎ চঙখিরম্মী।

শকুন্তলাগী মায়থোং অমসুং মীৎয়েং- নায়েং অকি অখং পক্লি, হায়রকখি," অনী হাৎখ্রে হায়রিবদুনা কনা কনা ওইরিগবা? কমান্দো সিফাইশিংদুনা চেকপল লানশিনখিবা মী য়াওরমগনি, ঐখোয়গী য়ুমসিদা লোৎলমগনি হায়না চিংনখি। অসিবু অঙকপা থৌদোক ঙাক্তনি হায়দবা য়ারিব্রা?"

বালানা থৎলি, " খঙগদবা লৈরে। অয়ূক্কী পাউদা হায়রক্লগনি। "

শকুন্তলা চেকশিন মীৎয়েংদা হংঙি," ঙাইখো, ঙসি অহীং মফমসিদা ওজা শান্তনু লাক্কনি হায়বা নঙোন্দা খঙহল্লকখিবা লৈব্রা? "

" লৈতে ইমা। মহাক ঐখোয়গীদমক খল্লগা লাকখিবা ওইরমগনি। "

শান্তনু থোরকপদগী মমা- মচাগী ৱারী লেপ্লে। অতিথি সেবাগী ৱাফম নীংশিংনরক্লবনি।

য়ূম্বু মমা- মচা খরা ঈংথরক্তুনা ঈরু- মায়থজবা লোইরে। বালা চাকশঙদা চাগী থৌরাং তৌরম্মী। মমাদি থোকখ্রিবা থৌদোকশিংসিগী মতাংদা শান্তনুগা ৱারী শান্নরম্মী। মহাক শান্তনুনা গুৱাহাটী চৎখিগদবা নুমিৎ হংবসি অনী অহুল্লক শুরে। অশেংবা পাউখুমদি ফংদ্রি।

শকুন্তলা ৱারী হোংদুনা কাউথোকপা য়াদে মতাগুম হায়রকখি, " অসুম চরাংনরিঙৈদা ওজাগা চাক চরা অমা ফাওবা চামিন্নবা ঙমহৌরোইদ্রিবরা হায়নদুম খল্লক্লে। "

চা পুথোরকপী বালানসু মমাগী ৱাদু পাংশিল্লকই, " ঙসিদি ওজাদগী পাউখুম লৌরসি। "

" ঙাইখো, মদুগী মতম লাকখিনি। " শান্তনু বার্ত্তন কক্লবা হোৎনৈ।

শান্তনু চৎনবা থৌরাং লোইরে। অহীংগী থৌদোকসি নৎলমদ্রবদি মহাক বালাদা ৱারোল খরা শিন্নরম্লগনি। নুমিৎ নীনিগী মতুংদা গুৱাহাটী চৎপগী পাউ পীরমগে খনবগা লোয়ননা মহাক্কী চৌকীদারগী থবক্কীদমক মফমসিদা লাকখিবনি। হৌজিক্তি ৱাফমদু নমশিনখ্রে, অহোইনদুম মহাক মতম খরা চোম্থনা ইম্ফালদা লৈনীংলি। অদুবু, রেডিও অমসুং খবর চেশিংগী পাউ তারগা ৱারেপ লৌরগে খল্লম্মী। মমা মচাগীদমক করি থৌরাং লৌখৎপা তারি হায়বদু খঙলগনি।

শান্তনুনা হায়, "ইবেম্মা, নও নুমিৎ মঙা- তরানিদি স্কুল লেপখো।"

" হোয় ওজা, ঐ ভাব তাজরে।" বালা নোল্লুক্না খুম্মী।

" অদুগা শকুন্তলা," শান্তনু মখা তারকই, " কেশ ফাইল তৌগদবা চেদু, নওগী সহি তৌননবা উকিলনা ঐঙোন্দা শিন্নরক্লে। সে, থবকসি লোইশিনসি।"

শান্তনু মহাক্কী ফুরিৎখাউদগী ইনবেলপ অমা লৌথোক্লম্মী। মনুংগী চে হাইদোক্নুনা সহি তৌগদবা মফমশিং শকুন্তলাদা তাক্লম্মী।

শকুন্তলা সহি তৌবা লোইরে, থব্বায় ব্বারপ হায়, " ওজাগীসি গুব্বাহাটী চৎকদবা নুমিৎ নকশিল্লক্লবা মাল্লি।"

" ঙাইখো, ঐ মদু লেপত্রি।" মহাক চেকশিন্না শিন্নরকখি, " বালা, দরখাস্ত মনুংদা য়াওরিবা উকিলগী মিং, লৈফম অমসুং টেলিফোন নম্বর ফজনা থমজিল্লু। দরকার লৈরকপা মতমদা নখোয় মহাক্কা ব্বারী শান্নগদৌরিবনি।"

" ঐখোয়গী টেলিফোন লৈরবদি য়ূমদগী পাউ হংনবা য়াবনি।" বালানা শোল্লি।

" হোয়, নখোয়গী টেলিফোন লৈতবসি নুংঙাইতে। অদুবু অমরোমদা য়েংলুরবদি অফবসু লৈ। হন্দক মরক্কী থৌদোকশিংসি য়েংঙু।"

" অঙকপা পোৎশক অমা ওইরবা মোবাইল ফোনসু পায়নরক্লে। লমদমসিদা মরাং কায়না শিজিন্নরক্লবনি ঐখোয়সু লৈবসি, ইমা।"

"ইবেম্মা, চেকশিনবা হায়বসিদা ইশাগী ব্বা মপান থোকহনখিদবা য়াওরিবনি।" শান্তনু শমজিল্লক্লে।

" খঙজরে ওজা।" মমা মঙক নোল্লম্মী, অদুগা শমথরকখি, " ব্বাফম অমত্তংগা অমুকসু হন্না ... ।"

" হায়য়ু।"

" চাক চরা অমত্তং ...।"

শান্তনু ঙাইহাক খল্লগা খুন্নকই, " ফরে হয়েং নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা চারসি।"

মমা মচা হব্বাওবা উৎলকই। থোঙনাউগী মিংশেল্দা নুংশা মঙান্না য়ৈরক্লে। চৎনবা থৌরাংদা শান্তনু টেবলদগী চে লৌখৎলম্মী।

# ৬

অযূক ঙন্তা মামতোন্না ঙাইহাক মপান্দা চৎথোক্লবদগী পুবকপা পাউ খবা নত্তনা মমা- মচানা অতৈদি তাবা ফংদ্রি। মখোয খবব চে অমসুং বেদিওগী পাউ লাকপা ব্রানা ঙাইবম্মী। হাৎখ্রবা অনীদু কনা কনা ওইবমগদৌবি? মখোযনা পাযবল্লিবা খূৎলাইশিংদুগী হাযকুববদি লালহৌলূপ অমগী মী ওইবম্বা যাই হাযনবি, ভাবনা শানবনি।

অহীংগী থৌদোক নীংশিংলুবদা বালাগী ব্রাখল চযেৎনৈ; শান্তনুগী অবোনবা থবক ফাবা লুবি। মহাক্কী ব্রাঙাঙ খবদগী মমাওগী অহীং কযাদসু মহাক যূমসিবু ঙাক-শেনবগী মীৎযেং থমখিবা মাল্লি। চেকপলগী অকোযবদা গার্দ তৌবম্বসু যাবিবনি। অদুগা ব্রাফম অমনা, অথেংবা নুমিদাংদা লৈশাবী অমবু লোন্না কৌথোক্লগা গেট হাংহন্দুনা চঙলকপসিগী অর্থ কবিনো? চীবোনগীদমক নত্ত্রবদি মহাক ইফোং ফোংনা লাক্লগা মহৌশা চৎনলোন্দা তাক্লবা, খন্নববা যাই। মহাক মপুক্লীংদা ব্রা ফুল্লি। হৌদোকপা ঙমদনা লৈববা জাৎনি। ব্রাখল অসিনা বালাবু ফং ফং শাগৎহল্লি।

শকুন্তলাগীসু মচাগী ব্রাখলসিদগী লাপথোক্তে। পাখৎ চাউবী, মীপাই থাবাইগনবী অমগী মতৌ উৎলুবগীদমক মহাক ইকাইবা অসুম হেনগৎলকখি। অদুগা কবিগুম্বদনা শান্তনু অমসুং মচানুপীগী মবীসি থুমল্লি খন্দুনা শাওনীংবসু ফাওই; থম্মোযনুংদা ব্রাবৌজৈ। লৈশাবী ফাজবকপতা

ঙাইরিবী মচাবু নুংশি খোঙদাহল্লে হায়না খল্লুবদা স্বর মপী হোল্লি। চুম্মী, মহাক্না গম্ভীরগী য়ূমদা লাকখিবসি চহী তরা তরুক চঙলকপা মতমদনি। মেট্রিক পাস তৌবা চহীদনি। মপুরোইবনা লমজীংবীদুনা, থৌনা কয়া হাপ্পীদুনা মৌ ওইনা কলেজ কাখি। য়ূমদা কন্না হোৎনজবগী মপান্না বি.এ. ফাওবদি পাস তৌখিবনি। মখা এম.এ. তমথনবা অকনবা মপুরোইবগী থৌশীল অনা অয়েক য়াওরকপদগী কায়খি। হৌজিক মচাগী মহৈ মপূং ফাদনা খাঙুথক্তা মাঙলগনি খল্লুবদা মহাক য়াম্না ৱাজরম্মী। লুহোংলবা মতুংদসু লাইরিক তম্বদি য়াই হায়ববু মৌনা কলেজ কাবদা খুরৌ চেনবদি অদুম্মক লৈ। হৈ- শিংদ্রবদি মীৱা- মীশা লাংবা শোয়দ্রবনি। মতম অমদা মহাক মশাবু ঙস্তা থাজবীরকখি হায়বগীদমক মমা- মপাদা নিন্দা তৌখি। মাগী পুন্সি থৌদোক ঈচেল মচাদা অমুক হঞ্জিল্লক্কদৌরিব্রা? হৌজিক মচাবু ঙস্তা মীখৃত্তা শিন্নথোক্লগদ্রা? তৌবীমলম হায়বমসি তাইবং লোনচত্তা মফম চাউনা কল্লিবনি, মসি থৌশাদবা য়ারোইদৌরি। শান্তনু ইকাই- ইকি থাদোক্তুনা, নিরগে লেপ্তুনা, মখূৎ তিংথোরক্লবদি ইহাঙ হাঙনা থাদোকখিবা ঙল্লোইদৌরিবনি। ৱাখল পোৎলূম্না অসুম অসুম ননথংরাক্লে। মতাং অসিদা মচাগী মত হংগদবসু ঙনমল্লি খল্লি।

পূং তরেৎ- মখায় তারে। মমা- মচা রেডিওগী পাউদা ওনশিল্লি। অহৌবমক্তা মখোয়না ঙাইবা পাউ হায়রকই। তুংদা শন্দোক্না পারক্লে— ‘হৌখিবা অহীং নোংয়াইদা, মন্ত্রী পুখ্রীদা মণিপুর পুলিস কমান্দোশিংগা লালহৌবা কাঙবু অমগা নোংমৈ কাপ্নখ্রে। খূৎ থোক্লবা অদুদা লালহৌবা অনী শিখি। মখোয়দগী এ.কে. রাইফল অমগা চিনানা শাবা পিস্তোল অমগা ফংলে। পুলিসকী পাউ মতুং- ইন্না অশিবা অনীমক মশক মমিং খঙবা ঙমখ্রে হায়রি। অমনা কাঙবম রঞ্জীৎ, চহী ২৪, অপোকপা উধব সিংহ, নাগমপালনি। অতোপ্পদুনা তোইজম অথোই, চহী ২৬, অপোকপা রামো সিংহ, ৱাংখৈনি। অশিবা অনীমক্কী হকচাং পোষ্ট মোর্তেমগীদমক রিমস মোর্গতা থল্লি।’

পাউ অদুনা শকুন্তলাবু শ্বাই- শ্বাই পাখৎহল্লি। বালাগী শকফমসু তাইফেৎ তাইখ্রে। মহাক মমাদা মুন্না য়েংদুনা করিনো অমা নীংশিংবা

হোৎনরম্মী।

মমানা হায়, " ইস! তৌরিসিদি করিনো! উধবকী মচা! "

" অদুনি ইমা, মখোয় চেকপল লানশিল্লকুবা কন্না হোৎনরম্বনি। মখোয়গী খূৎতা ঐখোয় অৱাবা নংগদবদগী শম্নাদা লিৎলে। মসি থোক্কনি হায়বা ওজা শান্তনুনা মাঙজৌননা খঙলম্বসি লাইবক ফবনি, মহাক লৈরম্বনা ঐখোয় অকি- অখংদগী নাম্থোক্লবনি। নুপী অনীখক্তা লৈবা য়ুমদা সিফাইশিংনা ওপরেসন চঙলকপদা পাখৎলোইদবা কনানো?

শকুন্তলা রেডিও মুথৎলি, তুজুংবদি ফাথবা ঙমদ্রি, হায়রকই, " লালহৌবশিংনা ঐখোয়গীদদি কবিগী ...? উধবকী মচাশিং তশেংনা লালহৌবা য়াওরব্রা?

" পুলিসকী পাউনি, চুম্মি চুমদে কোন্না খঙলক্কনি। অদুবু মানা ঐখোয়গী ইমুংদা অমাং- অতা, অকি- অখং পীনবা হোৎনরি হায়বসিমদি মাঙগী থৌদোক্না প্রমান পীখ্রে। "

" অদুদি মখোয়গী থবকসি দলীলগা মরী লৈনৈ হায়বা শেংলবনি। "

" শেংলবনি, ইমা। "

" হৌজিক ওজা শান্তনুদা মরমসি তাকপগী মথৌ তারিব্রা? "

" মহাক্নদুম হেন্না খঙলম্লগনি খল্লি। " বালাগী মাযথোংদা অৱাবা ননশিন্দুনা, লোন্না নোকখিবগী মমি অমা শন্দোকখি। " অদুগা ইমা, ঐখোয টেলিফোন লৈতবগী অৱাৎপা অমসুং নুংঙাইতবা অসুম লোয়নদুনা লৈরবনি। "

" ৱাসি নঙনা হায়রকপা কুইরে। অদুবু ইবেম্মা, নঙ ওজা শান্তনুগী পাউতাক্তু নীংশিংঙু। " মমা মখা চৎথৈ, " অদুমকপু, উকিলদা উধবকী মচানা তৌরল্লিবা থবকশিংসি খঙহনবদি চুমগনি। "

" ঐসু মদু খল্লিবনি। ওজা শান্তনুগী ৱা অমত্তং তাখিবদি ফৈ। মহাক হয়েং লাক্কদবা লৈবে, হায়দুনা ঙাইখিবা তারিব্রা? "

"চেকশিন- থৌবাংগী মতাংদা নঙবু স্কুল ফাওবা কাদনবা হায়রল্লিবনি। "

" চেকশিনবা ফৈ. অদুন্ খূদক্তা চৎলগা তান্নহৌদবগী মাঙজযস্.

লৈ। হৌজিক্তি রেডিওগী পাউনা ঐখোয়দা তুমিন লৈথোক্তনবা হায়রে। ঐখোয় মহাক্কী লৈফমদা চৎসি, লাকপা ঙাইররোইসি। ”

মমা- মচা ঙাইবা নত্ত্রগা ঙাইদবা, অমসুং মদুগী অমাঙ- অতোংগী মরমদা য়াম্না খন্নরে। মমৈথংদদি চৎপদা লেপ্পরম্মী।

পূং মাপল মাঙওইননা মখোয় চৎথোক্লি হায়বা মামতোন্দা শিন্নরল্লগা গাড়ী অমদা থোরক্লে।

মীকুপ নাহুম শিংনা শহর ময়ায়দা গাড়ী থৌরকখিবী শকুন্তলা হোটেল নির্মালা য়ৌরকপদা নীংবা কায়রে। শান্তনু মহাক্কী কা থাদোক্তুনা চৎখিরল্লে। হোটেল মেনেজরদা হংলুবদসু মহাক্কী চৎখিফম করিমত্তা খঙদে হায়রকখি। মমা- মচা মায়থোং লাংশিন্না হোটেল চঙফমদা ঙাইহাক লেপ্লিঔদা উকিল মনি মায়োক্লবা দুকান অমদা ফম্বা উই, মখোয়দা য়েংলম্বনি। শকুন্তলা শ্বাই পাখৎলি। মহাক মচা পুদুনা য়ূল্লোমদা গাড়ী য়াঙনা থৌরক্লম্মী।

য়ূমদা শকুন্তলা অমসুং বালা শান্তনুনা লৈফম থাদোকখিবগী মতাংদা খন্নে। খুদক্তা মহাক গুৱাহাটী চৎলমগদবা মান্দে। দলীল শিন্নরমদ্রি। চিরবা তানফম অসিদা মহাক নাম্থোক্লবা হোৎনফম থোক্তে।

বালানা হায়, “ ঐখোয়না মহাকপু হৌজিকমক উনবা ফংদ্রবসু হয়েং নুমিদাংৱাইরমদদি শোয়দনা লাক্কনি। ”

“ হোয়, ঙাইবা তারেদনা। কেশ থীস্থহনবদি য়াদ্রে। মশাগী মরাল য়েংদনা উধব অকিবা থবক কয়া তৌরক্কদৌরি। ঐখোয়গী তোঞ্জবা ফিভম মখোয় খঙঙি। মখোয় মীনুংশি য়াওদবা মীনি। ”

বালাগী থম্মোয়নুংদা শীংনবগী নোংলৈ নুংশিৎ হৌরকই। হকচাং পূম্বদা শাউবনা মৈৱাইরকপদা মমীৎ অনীদা ঈখেং হাইগৎলকই।

“ ইমা পঙকিসু কিরনুসি। ঐখোয় মীনি। নুপীসু লাম্থেংনবা ঙম্মী। লৈবাক পাল্লি। উধবনা ঐখোয়বু তুম্না হেক্তা মাঙহনবা ঙমগদ্রা? ঐখোয়না মখোয়দা লানখিদে। পুকচেল খরসু চাউথোকসি, থৌনা লৈসি। ”

“ নঙগীদমক খনবদগী নমা পাঙদবী তারে। ঐখোয়বু হাৎখিবদি য়াই, খূদুম চনবদি ওইথোক্তে। ফিরেপ অসি ঐগী ধর্ম্মনি। ”

মমাগী থৌনা- লিংজেল উবদা বালা থম্মোয়নুংদা চাউথোকচৈ।

" কেশ তৌবদা ঐখোয় করিগী কিগনি , চপ চানা থেংনগনি।" বালা ব্রাশকপগুম হায়," হূরানবশিংদুনা ঐখোয়গী ইরল হেক্তা মুনবা য়াব্রা? "

" ইবেম্মা, নোংবান মনিগা ঐখোয়গী উকিলগা তকখাইনগদৌরি। কেশ লোইশিনবদা মতম খরদি চঙলনি। মনিগী নাপল থুদেকপদা ঐ শেল পাম্মুবা লৈতে। "

মমা-মচাগী ব্রারী ব্রাশক লৌনবগা চপ মান্নে, অসুম কনশিল্লকই। বালা নুপীনি হায়বা পূরা কাউখ্রবগুম তৌই। মখোয় ঈংথবা ঙমদে। মৈথক্তা ফম্না ফম্না অয়ূক্কী মতম হৌখ্রে।

নুংথিল ফোঙবা পাউ-চেশিংদা মন্ত্রী পুখ্রীগী থৌদোক ময়েক শেংনা ইনরক্লে। রেডিওগী পাউবু অমুক হন্না চেৎশিলহল্লে। উধবকী মচানুপা লালহৌবশিংগা শম্নে হায়রকখি। অমম্বদা নাম্থোকখিবা অনীদু তুমিন লৈথোক্লোই। মমা- মচাগী মিপাইবা হেনগৎহল্লবনি।

শিবা কিদবা মী লৈতে। অশিবনা তশেংনা শীংনরক্লবদি অকিবসি মথন্তা মাঙখি। হৌজিক নুপী অনী লানফমদা লেপ্লবনিনা কনাসু কিরক্রে।

চিন্তা পোৎলূম খজিক্তং কোক্লবা হোৎনবদা বালা মমাদা য়েংলগা হায়রম্মী, " ইমা, ওজা শান্তনুবু হয়েং করি এনশাং পীজসিগে, মচু খরা তাহনসি। "

" লাকপু লাক্লবদি মহাক্না চানিংবা অমা হংবা তারেদনা। "

" মদু য়ারোই, থৌরাং লোইরস্লো হায়রল্লিবদুনি। "

" অদুদি, মৈতৈগীদি ঙা , মতমসিগী য়োংচাক, সিদগী হেনবা করিনো? "

" চব্রাইগা হব্রাই মতোনগা শিংজু মথেলসু ফগনি। " বালা ঙাইহাক খল্লগা শমথৈ, " ঙাক্রা লৈরৌগা খামেন অশিনবগা থোংবা মথেল অমসু য়াওহল্লসি। ইমা, ঐখোয় চৎপা নুংঙাইররোই, পুপুবু ময়ামসি হয়েং অয়ূক ঙন্তা লৈহল্লুবা তারিব্রা? "

মখোয় মাঙ্গোন্দা ফমদুনা খন্নরকপা কুইরে। হিরম অমদগী অমদা হঙ্গৎ- হন্দানি। নুমিৎ লৈথখ্রে। য়াওশঙ নকশিল্লকপদগী ওইগনি,

শিংলকপা নুংশিংনা খোইরাংহল্লি। ইখোলনুংগী চিথেক - পনয়া,শুমাঙ- থেলোং, উনা- ৱানানা ইচাই চাইরকপদা ৱাখলসু ইফা ফাদোকই। তশেংনা হায়রবদা মপাম্ছোংদা লৈরিবা অঙ্গংবনা শকুন্তলাগী নুংগী মৈচাকপু নেমথহনবা ঙমদে। বন্দীগুম নাইতোম লৈবা পুন্সি মরেল অমা মহাক্কী ইমুংদা খোঙদারকপসিদা ৱাদবা ঙমদ্রবনি। চেকপলগী ৱাংমদা, শহরগী মীরক্তা নীংখা তম্না চৎপদু করম্না কল্লক্লোই। মহাক ঈশ্বরবু তোয়না শোল্লম্মী।

য়াম্না ৱানা ঙাইখিবা পূংজাদু লাক্লে। ঙসিদি মমা- মচানা শান্তনুবু চাক্তৌরিবনি। থৌদোক ৱাথোক্কী মৈশা লাংদবা, চিন্তা পুদবা মতম ওইরবদি অতিথিগী পুক্লীং পেল্লমগদবনি । হৌজিক মদু থোক্লরোই খল্লুবদা শকুন্তলা নুংঙাইজদে। মচানুপীনা মহাক্কীদমক শেংন- ইন্নবা খন্দোক্তুনা থল্লিবা ফি- রোলশিং য়েংবদগী খঙলে, মহাক য়াম্না কেবমক নত্তবসু তরু- তনান্না লৈতবদি য়াদ্রবনি। মচা লৈশাবীগী অপাম্বনি, লৈথোকপা য়াদে। মচীনমক্লসু হায়রম্লে —‘ ইমা, ওজা শান্তনুগা হেক উনবা মীকুপ্তগী ঙসি ফাওবা ঐখোয় চিন্তা পোৎলূম পুবগী শকফম উৎপসি নুংঙাইতে। ঐখোয়গী অকিবা অমসুং নুংনাংবা ময়াম উরগা মহাক হরাওনা গুৱাহাটীদা হনখিবা ঙম্লরোই। ঙসিদি ঐখোয় য়ারিবমখৈ মঙোন্দা অৱাবা উৎতনবা হোৎনসি।’ মচাগী ৱাফমসি মমাগীসু মান্নবা মতনি। মহাক থোঙ্গাল ৱাংমা লাল্লুগদবা নত্তবনা মচাবু চপ চানা উহল্লগে খল্লম্মী। শান্তনুগী মমাঙদা বালা চাং তানীংদে খঙঙি, মরম অদুনা পুক্লীংবু অথিংবা থমদ্রে। তাবুনুংদা মতম কুইনা নমশিন্দুনা শিজিন্নরক্তবা মমল য়াম্বা, ফজ- ফজরবা লীক-কোল, লৈতেং পুম্নমক মথং মথং লৌথোক্লে।

নুমিদাংৱাইরমদু শকুন্তলা লাইহরাওবকা চৎকদবা মাল্লি। খূজেং অনীমক্তা সনাগী খুজি অহুম- অহুম্নি। অপাকপা লীকফাংনা অকুৎপা মফম খলহনখ্রে। পীশূম কারক্তা অশংবা বিন্দি, তুমতক তৌবা নাতোন্দা ঙাল্লিবা চন্দন, পুম্নমকসি য়েংবদা মহাক ঙসিদি চহী কুন্নীথোইদা হন্থখ্রে। বালা মমাগী শুমহৎনিঙাই ওইরবা শকফম য়েংলগা কয়াগী মতিক চাউথোকচখি। খল্লি, ফিম্মদকা য়াওহল্লবদি খঙগদবনি। করি ৱাখন্দগীনো, মহাক শুমাঙ

মতোন্দা শাৎপা চন্দ্রমুখী অমা থৎলুরগা মমাগী শমজিদা থেৎলম্মী।

শকুন্তলানসু মচাবু ঙসিদি মপূং- মরৈ ফারবী লৈশাবী অমা ওইনা উই। অতিয়া মচুগী সুটতু বালাগী কুচুগা হায়নিঙাই লৈতনা পক্লে। ব্রাই ব্রাই তারবা মুরবা শন্নাংনা মনীং তম্না হাই- হুন্নি। ইনখৎলকপগী য়েংবদা পেনবা নাইদবা হায়বদুমক থোক্লে।

মথেন মঙা থোংবা- থাকপা লোইরে। শেংনা চামথোক্লবা হৈ- রাশিংনা অচৌবা পৃখম থল্লে। নুপী অনী চাকশঙদা কন্না লাঙলিঙৈদা মামতোন্না মপান্দগী কৌরকই।

শকুন্তলা তহা তহা মপান থোরকখি। শান্তনুনা মাঙ্গোন্দা লেপ্লম্বা উবদা মহাক হরাওবনা নোক্লম্মী।

" মতম চানা য়ৌবীরকপা য়াম্না নুংঙাইজে। " মহাক নোল্লুক্লা ওকই। " লেঙশিনবীয়ু, থৌরাং লোইজবে। "

মামতোন চৎখ্রে। শান্তনু শকুন্তলাগী মতুং ইন্দুনা ইমুং চঙলম্মী। ফমফম কা য়ৌশিল্লকপদা বালাসু য়াওররে। মমাঙ নুমিৎশিংদগী ঙসিদি মমা- মচাগী শকফম য়াম্না তোপ্না উবদা মহাক লাংতক্লরপ য়েংলকখি। মখোয় করিগুম্বা উৎসব মেলা অমদা চৎলুরমগনি খল্লম্মী। মহাক্কী ব্রাখল চুন্ত্রা হায়না হংনীংলম্বনি, অদুবু ব্রাহংদি ওন্নখ্রে।

" চাকসিবু কনানা থোংবগে? "

শকুন্তলা নোক্কুনা খুম্মী," ওজা, ঙসিদি বালাগী খুৎ য়েংবীবা তারে। "

মমাগী মীনোক্তা খুৎশেম খরা য়াওরকপদা মহাকসু ঈচেন্দুদা তাওথৈ, " ঐসু বালানা থোংবদু চারুগে লাক্লিবনি। "

" খুবী চীকখায়বা শোয়দ্রবনি। " বালাসু ফাগিদু য়াওশিল্লি।

ঙসিদি ইমুংদুদা নোকপগী খোঞ্জেল তায়। শাংথবদি নত্তে। চেকশিন্নবনা নমথখিবনি। মখোয় অহুম্মক তুমিন লৈনখিবদগী ইচিক চিক্লে।

শকুন্তলা চাক্কী থৌরাংদা তারকই, " অদুদি, চানবা তৌবসি। "

নহান নুমিদাং য়ুম্মুগী শক্তম লাংখিবগীদমক ইকাইবনা নৌহৌননা লক্লররে, শান্তনু তপ্তুক হৌগৎলম্মী। বালানা মহাকপু চাকশঙলোমদা

পুশিল্লে।

অতিথি চানবা ফমথরকই। অদুবু, মমা মচাদি টেবল মপান পায়দুনা ওয়-য়েৎতা লেপ্লগা লৈ, সেবাগীদমক্তনি। মী অনীনা অমগীদমক অৱাৎ- অপা য়েংশিনবগী থবক্তু শান্তনু য়ানীংদে; মখোয় য়াওদনা মথন্তা চারোই হায়না নিঙাই তৌদুনা লৈরে। ঙাইহাক অঙম তান্নে। মমা- মচানা লেঙদনা লেপ্লগুম শান্তনুসু চাক লৌখত্তে। মমৈথংদা অতিথিগী পুক্লীং পেলহনবা তারকখি। নুপী অনী মাগী মাগী চৌকীদা ফমথরক্লে। টেবল ময়ায়দা থম্বা অচৌবা, তোঙান-তোঙানবা মথেলগী তেঙ্গোৎশিংদগী খাবৈনা অপাম- অপাম্বা কোৎথদুনা চাব্য হৌনরে। শান্তনু পুন্সিদা অদুক য়াম্না মচল চাবা, মহাও লৈবা চাক-এনশাং অমুক্তসু চাখিদ্রি খল্লম্মী। য়োংচাক ইরোম্বগী মহাউ, শিংজুনা মবোল অমা, অহাউবগী অহাউবা ঙাক্তা। পুক্লীংদা বালাবু লোন্না থাগৎখিবদু মপান থোক্কে থোক্কে তৌই। অদুগা মহাক অসিমসু খল্লম্মী, অসুক ঈং- তপ্না পাঞ্জবা ইমুং অসিদা মৈ চুরিবসিগী দাযিত্ব কনাগী ওইফম থোক্লিবগে। ৱাখলনা মহাকপু হেক হেক পুথোক্তুনা চৎলকপদা মমাঙদা মী অনী ফম্লি হায়বা নীংশিংদবতা নত্তনা মশামকসু চাক হুকপা কাউরে। মতৌদু বালানা উরম্মী।

“ ওজা, চাক-এনশাংসি হাবা ইয়া য়াবীদ্রবা মাল্লি। ” বালা থৱায় ৱানা হায়জবনি।

“ কৈনো-হে! মসি অঙাংসিমা! ” শান্তনু মমীৎ খংশিং শিংঙি। “ য়াম্মন্না চাবগী ইকাইরবনি। ”

শকুন্তলাসু য়াওশিল্লকই, “ পীজনীংদুনা লাঙজবনিকো ওজা, য়াম্নদি পাঙদ্রবনি। ”

“ য়ারে, য়ারে ইবেম্মা। ঐসি মৈতৈনি। অসিগুম্বা চাক-এনশাং খক চাদবগুম খনবসু লানগনি। ” শান্তনু মমা- মচাদা অপেনবা উত্তুনা য়েংলম্মী।

হন্দক্তি মখোয় অহুম চাবদা পুক্লীং লূপ্লম্মী। পেনবা মখৈ চানরে হায়বা য়াই। হৈ- রাদা মায় ওনশিন্নরে। শান্তনু য়ূম্নুশিংদা করি ৱাহৈনা অপেনবা ফোঙদোকসিগে খল্লম্মী।

" হৌগৎপা ঙমদ্রে, খরা চিংখপীরো। " শান্তনু নোক্তুনা হায়রকই।

ফমফম কাদা মখোয় অহুম লাক্লে। পূং মঙা তারে, মমশিল্লক্লগনি। হায়রমগে খনখিবা ব্রাশিংদু নীংশিংবদা শান্তনু মমা- মচাদা য়েংলকখি।

" ঐ ঙরাংদি ককচিং য়ৌরুই। য়ূমদা হয়েং গুৱাহাটী চৎলগনি হায়বা তাক্লুবনি। "

" হয়েংমক লেঙবীরগদ্রা? " নুপী অনীমক্লা হংঙি।

" হোয়, ঐ পন্থবা য়াররোই; কন্না কৌরক্লে। থাখায় ফানা য়ূমদা লৈরমদে হায়না খুরাতোন শাউহৌই। "

" অহলনা শাউবা চুস্মী, মসিদগী ইমুং- মনুং , মরী- মতাশিংগী নুংশিনবা মাঙখিগদৌরিবনি। মদুগী মথক্তা মখোয়না ওজাগীদমক কাউথোকপা য়াদ্রবা ৱাফম অমসু লৈরমগনি। "

শান্তনু নোকফেৎ তৌই, ৱারীদা হৈনীংদবসু নত্তে।

" হোয়, " মহাক লেপকক মখা তাই, " মখোয়গী অপাম্বদু হন্দক্তি ঐ থুনা পাঙথোক্লগে হায়রম্লবনি। "

লুকথরম্বী বালা খংয়েং য়েংখৎলকই; অদুগা হান্নগী মীৎয়েংফমদা অমুক হঞ্জিনখ্রে। শকুন্তলাগী মায়থোংদদি তয়াং- তশোইবগা লোয়নবা লাঙতক্লবগী মমি অমা হঙ্গৎ- হন্দা চেল্লি।

মহাক ৱারীগী ফিজং হাইদোরক্লে," মখোয়গী অপাম্বা অমসুং হায়ন- শীংনবকা লৈরব্রা? "

" কদায়দৈ ৱানোদা! " শান্তনু থীক থীক নোক্লকই, " মখোয়না ঐগী ৱারেপ তাল্লকপনি। মসিগী মরমদা শাংনা নৈনবসি ঐ কয়া হৈনদে; য়ারে, থল্লসি। ... বালা, নঙ করি নুমিত্তগী স্কুল চৎলগে খল্লিবা? "

" ওজা, য়ারবদি হয়েংদগী চৎনীংলবনি। "

মমা য়াওরকই," খঙদে ওজা, ঐসু মৌ ওইনা বি.এ. তন্নকখি। মহে তম্বদা অথেঙবা লৈতে হায়নবদগী ইকাইবা খরা কোকখিবগী ৱানি। ইচাগী পুন্সিদসু অশোয়- অঙাম থোক্তুগা লোইরে। মতাংসিদা ওজাদগী তাজনীংবা পাউতাক য়াম্না লৈ। "

" স্কুল চৎপনা ফরগনি। " শান্তনু বালাগী অনীংবদা শৌগৎলকখি।

" ওজাদি গুৱাহাটী য়ৌখ্রবদি ঐখোয়বু ... । " বালা পুক্লীং নুংশিবা

উৎলন্মী।

" হায়বদি ... ? ও-হো, কনানা হান্না কাউথোকপগে হায়বদু য়েংনবা তারেদনা। " শান্তনু অর্থ খঙনা থেমজিনবদা থৌজান লোয়নৈ।

যৃম্বুরেন্বী মমিৎতা ঈরা চেল্লি, ঙাঙথোকপা ঙমদনা লুকথরকখি। বালাদি তাইফেৎ তাইখ্রে। মমা-মচাগী মতৌ য়েংলগা শান্তনুগী মীৎফম অমদগী অমদা কোইচোং চোংঙি। তুমিন ঙাইহাক লৈবদু মাগী মাগী থম্মোয়নুংগী ৱা কয়া ফোঙদোক্লরিবনি।

শকুন্তলানা শোনখি," লাইবক থীবী ঐখোয়দি কনা লৈজদ্রবী অদুম তাহৌরবনি। "

শান্তনু হন্দক্তি চেকশিনবা শকফম উৎলক্লে; মহাক বালাদা য়েংলগা হায়, " অঙাং, নঙ থৌনা লৈয়ু। মখোয়না পঙলাক ল াকচবা য়াব্রা? ফত্তবা উধবকী মচা মাঙবা হৌরে। ঙসি নখোয়গী কেশ মোসন উকিলনা কোর্ত্তা পুখৎকনি হায়। কেশ এদমিট তৌবগা লোয়ননা সোসাইটীদা নোটিশ পীখ্রগনি। নখোয়দা য়ৈখাই- থিনগাই থোকহন্দনবা উকিলনা জজদা তকশিনগদৌরি। মদুগী মরমদা ঐ ঙসি উকিলগা শাংনা খন্নরে। ওরিজিনেল দলীলসু মঙোন্দা য়েংহল্লগা পুরক্লে, চেকশিন্না থম্মু। নঙবু ফানবা অমসুং চেকপল লানশিন্নবা হোৎনরম্বা থৌরাং দলীল অসিগীদমক্তনি হায়বা মহাক খঙখ্রে। শিখিবা অনীদু লালহৌলূপকা মরী লৈনৈ নত্রগা লৈনদে হায়বা উকিলনা কেশসিদা পুখৎফম থোক্তে, অদুম ওইনমক, মদুগুম্বা থৌদোকশিং নখোয়দা অমুক থোকহন্দনবা মরী লৈনবশিংদা পাউতাক পীহন্নবা মহাক্লা জজদা হায়গদৌরি। মদুগী কান্নবা লৈ, অদুগা অফবা ফলসু ফংগনি। "

" ওজা, ঐখোয়দি করিমত্তা খঙজদবনি, তৌফম থোকপনা করিনো, থোক্তবনা করিনো। ৱাথোক্লা নল্লবা মীগী বুদ্ধি খরদি অদুম ফকচিল্লবনি। " শকুন্তলা নুংনাংনা হায়।

" নহান নুমিদাং চঙলকখিবা এস.পি. সাহেবকসু ঐ উনরে। শিখ্রবা পাখং অনীদু করম্বা য়ূ.জি.নো হায়বা অশেংবা খঙদোক্লবা সি.আই.দি.দগী রিপোর্ট ঙাইরি। হৌজিকসু লুট-পাট অমসুং নিশা কারবারদা চেন্নবা উধবকী মচা নুপা অনী লৈরি। উকিল মনিনা মখোয়বু জেল চঙদনবা ঙাক্তুনা থন্নিবনি হায়না এস.পি.না তম্লকই। ৱাফম পূন্নমক্তু ঐখোয়গী উকিল তেংনা খঙলল্লে।

উকিলসু পুলিসসু ব্রাথোক লাক্তনবা মাওজৌনবা থৌরাংগী মহৎতা থৌদোক্কী ব্রারীনবদা হৈনবী লৈ। মদুদা লৌশিং শিজিন্নবনা মখোয়গী মিংচৎ হেনগৎহল্লি। ব্রাফমসিগী মতাংদা মপুরোইবা গম্ভীরনা তত্তনা ঙাওলম্বনি, শকুন্তলা নীংশিংলি।

" করম্বা মতমদা উকিলদা দলীল শিন্নগনি? "

" মানা হায়রকপা মতমদা। "

শকুন্তলা ব্রাফম অমদা চোংলকখি, " ওজাবু এস.পি.না ইমুংসিগী মীনি হায়বদা চিংনবা লৈখিব্রা? "

" করিগুম্বা লৈরম্লবসু কান্নদবদা হংলুফম থোক্লিব্রা? খন্নীংবা খঞ্জরসনু। "

পাউখুমসি পামদবনা শকুন্তলা মায়থোং লাংশিল্লি। মহাক মচানুপীদা মুন্না য়েংলম্মী।

বালানা হংলকখি," ঙরাং ওজা হোটেল নির্মালাদা লৈবীবমদে। লাকপিরিবসি কদোমদগীনো? "

" ঙসাই হায়খ্রে। ঐ ককচিংদগী অমুক নুমিদাংব্রাইরমদা হল্লকই, অহীং য়ুনিবর্সিটি গেষ্ট হাউসতা লৈখি। ঐনা লৈফম হোংবা অমসুং য়ূমসিদা কুইনা ফম্নীংদবগী মরম নখোয় খঙলম্লগনি। ঐ চৎনবা মতম ওইবে। ব্রা খরা হায়রমগে, বালা। নখোয়বু ঐনা কাউথোক্কনি খক খনগদু। অরুবা ব্রাফম লৈরবদি ঐঙোন্দা টেলিফোন তৌরকপা য়াই । চিঠি থারকউ। অদুগা ঐনা হৌজিক তমখিবা উকিলগী ব্রাশিংদু নখোয় কাউথোকপা য়াদে। মহাক্না ফনবা শীনগনি, নখোয় ময়ূমদা তোয়না চৎপগী মথৌ তাদ্রে। "

য়াচংবা মতম ওইশিল্লক্লে। শকুন্তলাখোয মযায় কাদু বিজলী মঙান্না মযেক য়াম্না লাহল্লে। কাগী ফক্লাংদা থেৎলিবা মণিপুরগী তোঙান তোঙানবা কাঙলূপকী নাটকী ওইবা পোৎশিং, হাযবদি, ফিঙারুক মচা, লুবাক মচা, লূ, উচেক মতুগী লুহুপ, অচৌবা উচেক্কী মচীনশিং, নোংইন অমসুং ব্রাহোংগী মতু তগৎ তগৎ তেক্লি, ইনৌ-নৌনা উই। শান্তনু লৈদুনা অমুক্তং য়েংলম্লগা থোরকপদা অঙৗংবা নুংশিৎনা ওক্লম্লে। মহাক্কী তুংদা মমা- মচাদু তপ্না তপ্না ইল্লম্মী।

# ৭

শান্তনুনা গুৱাহাটীদা হনখিবা থাখাই ফারে। মহাক চিঠি অমত্তসু থারক্তে। মখোয়বু কাউখ্রমাল্লে খল্লুবদা শকুন্তলা নুংঙাইজদে, চিন্তা পুখি। মচাগী নুংশুক নুংজানবা মতৌ উরুবদগীসু হেন্না হেন্না লৈতাদে, কপ্লীংঙি। টেলিফোন তৌদুনা নত্ত্রগা চিঠি থাদুনা ঈহং- পাউহংগদবসু মঙোন্দা হঙ্গোইজবা লৈ। মরম চাদনা মীঙোন্দা য়েংপা পামজদবগী মথক্তা শান্তনু থবক য়াম্না চিনবা মীনি। মখোয়গী মরমদগী মহাকপু হেঞ্জিন্না মাথা শাহনফম থোক্তে। অদুগা ৱাফম অমনা, মহাকপু মরী- মতা ওইনীংমনবদগী কোয়তান তান্নবা ওইনা থোক্কনি হায়বসু খন্দবা ঙমদে। মরম অদুনা শকুন্তলা শান্তনুদগী হান্না পাউ লাকপা ঙাইবা তাখি।

বালাগী ৱাখলসু মমাগীগা মান্নে। ঙাইঙমদবসি মহাক্কীনা খরা হেনবগী ৱাতনি। পি.সি.ও.দা চঙদুনা শান্তনুগী টেলিফোন নম্বর দাইল তৌগে হোৎনবসি অনীরক শুরবনি; ইকাইবনা হেক্তা মখূৎ ফাখি।

ঙরাং মমা- মচা উকিলগীদা চৎলুই। শান্তনু ইরাক লাকখিদ্রে, কৈদৌখ্রবনো হায়না উকিলনা হংলকপদা মখোয় খুম্বা ঙমখিদে, তিংঙক- মায়ঙক্লখি। কেশ হৌরে, সাক্ষীশিংগী জাবান লৌবগী তরীখ লেপ্লগনি হায়রকপদা মখোয় য়াম্না হেন্না লাংতক্লরম্মী। মখোয়গী মিপাইবা শকফম য়েংলগা উকিলনা য়াম্না চেকশিন্না লৈনবসু হায়রকখি।

বালা পরীক্ষা মনুংদদি শান্তনুবু নীংশিংলুদনবা কন্না হোৎনরম্মী। ঙসিদি পরীক্ষা লোইখিবা নুমিৎনি, পোৎলুম থাখিবগী হরাও- নুংঙাইবগী ঈথক্তা নুংশি ঈপোম্না ঈনোৎ হাইগৎলক্লি। মহাক্না হৌজিক কানুংদা নাইতোম তানীংবগী ৱাখলবু মমানা উখ্রে।

মতম খরা ইবা লেপ্লুরবী শকুন্তলা চে- কলম পায়দুনা চিক্লবা কাগী হিপফমদা ফমথরম্মী। তূম্লুরবা কল্পনা যাকাইহন্নবা মহাক বালানা তন্নম্বা শৈরেংগী লাইরিক অমা রেক্তগী লৌবগা ময়ায়মক্তা ফাক্তোক্লুই। ইবা লোইদ্রিবা চিঠি অমা য়াওবম্বদা মহাক শ্বাই লাওই। মদু বালানা ইবনি। মরোলদি —

‘ ওজা,

নঙবু অহানবা উবা মীকুপ্তা ঐ নঙোন্দা করি কৌসিগে খনখি, যাম্না হঙ্গোইজখি। ইমানা কৌবা মিংগৌ ইল্লুরগা হৌজিক ঐ হৌন-লোনচৎ নাইদবী তারকপসিদা মায়থাবীসু ওইগদৌরি।

ওজা, ঐ য়াম্না অঙাং ওইরিবীনি, করিসু খঙজদ্রিবী। পুক্লীংগী ৱাবোল খরা ফোংদোকচনবা হোৎনবদা ইকাইজবনা খূৎ নিক্লি, যাম্নসু কিজে। অদুবু, নঙবু নুংশিজরুবনা অঙাওবী ওইরবদা ঐ তুমিন লৈবা ঙম্লক্রে। ’

ৱাহৈ পরেং খরসিনি ইরল্লিবা। অদুবু শকুন্তলা মচাগী থম্মোয়নুংগী ৱারোল চিংথোক্তুনা অসুম পাথৈ, মথং মথং। নৌরবী মচাগী খূৎনা শান্তনুগী পাক্লবা লাইবক্তা তপ্না তপ্না নানবা উরকই। অদুগা শান্তনুনা বালাবু য়াম্না চেৎনা কোনশিনবীরি। মতাং অসি য়ৌরকপদা শকুন্তলাগী মীৎলু পিরাংনা থূমখ্রে। চে অদু মখূৎতগী তপ্না তপ্না থাদোক্লম্মী, য়াওরম্ফমদা অমুক হাপচিল্লি। লাইরিক রেক্তা থমখ্রে। মহাক ৱাখল ইফক ফকচিল্লি, ইকাইবসু য়াওরি। ইবদা পুক্লীং চঙবা ঙমদবদগী মপান থোরক্লে।

শকুন্তলা পোৎথাফম খঙদনা নুমিৎ নীনি হৌখ্রে। ঙসিদি অমুক ইবা হৌই। কৌরকপা খোঞ্জেল তাবদগী মপান থোক্লুবদা পোষ্টমেন্না চিঠি অমা পীরম্লে। চিঠি খাউদু মপুক পিক থল্লি। মহাক্কী মমিংদা শান্তনুনা থারকপনি, হরাওবনা শ্বাই পাখৎলবসু মরোন্দি বালাগী মরীদা ওইরমগদ্রা

খল্লুবদা মহাক পাক হেক হাংদোকপা ঙল্লমদে। অদুবু কেশকী মতাং নীংশিংলকপদগী চিঠি খাউ শেগায়রম্মী, পাবা হৌরে।

অসুম্না ইরকখি —

' শকুন্তলা,

ইবেম্মা, ঐনা মরম ওইরগা নহাক্কী কোক য়াম্না শাহনগদৌরি। ঈংনা লৈজবম্মী নহাকপু মৈশা লাংহনবসু হৌখ্রে। মসি খল্লুবদা ঐ ব্রাদবা ঙমদে। বেল গাড়ী মনুংদা থেংনখ্রবসু ঐ নহাক্কী মিং, লৈফম্নচিংবা করিমত্তা খঙহৌদে। তুংদা নহাকপু নীংশিংলুবা লৈতনা পূমকাউ কাউখি। মতৌ অদুগুম্না ঐবুসু নহাক্না করিগুম্বা মতমদা নীংশিংলমগদবা মান্দে। ওহ্রোকপা বেগনি। মদুবু মীখূৎনা শাব্রা, লাইখূৎনা শেন্ব্রা? করিগী মশক- মওং মান্নরুরিবা , অদুগা করিগী অমুকসু ওন্নকরিবা? ঐগী ইহাঙ হাঙনা লৈজরম্বা থম্মোযসি করিগীনো মানা ব্রাখল পরেং পরেং পোকহন্দুনা পিক থলহল্লিবা? পুক্নীংগী অপাম্ববু নমথবা ঙমদ্রবা ঐগী থম্মোয়বু অয়ম্বনি হাযবদা ঐ ইকাইবা পোক্ক্রে। ফোঙদোক্কে খল্লিবা ব্রাবোলগী অহৌবসিদা ঐনা নঙোন্দা ঙাকপীনবা নিজরি।

শকুন্তলা, নহাক্কী নচানুপী বালা নৌরিবীনি, মহে মশিং তম্বা মপূং ফাদ্রি। নহাক নচাগীদমক মঙলান কয়া মঙলি, মাবু অচঙবা মীশক ওইহন্নবা হোৎনবদা অব্রাবা কয়া খাঙগে লেপ্লি। পান্দম অদু ফংলবা তুংদা নহাক্না মাবু মতিক চাবা বর অমদা শিন্নগে খল্লি, মমা- মপা ওইবশিংগী লাইনীংনি। মতম অদুদা নহাক মচা শেম্বী, মতিক চাবী মমা অমা ওইবগী নুংঙাইজবা অমসুং চাউথোকচবদু ফংগনি। লাইওইখ্রবা নপুরোইবগী মফমদা মায়পাকপগী ফিবাল উৎকনি। স্বর্গগী ওইবা অদুগুম্বা পান্দম তানবা নহাক্কী খোঙচত্তা ঐগী চেকশিলহৌদবা, ফত্ত্রবা থৌশিলনা নহাকপু খুরৌ চেলহনগদৌরিব্রা খল্লুবদা ঐ লৈফম খঙদে। চিঠি অসি ইবদা ঐগী পাঙ্গল অমসুং থৌনা য়াম্না শোম্থখ্রে।

কয়াগী মতিক পুকচেল তপ্পী, মরিল লৈবী, লোনচৎ ফজবী নহাক্কী নচানুপীনো। মহাক ফজবা পূম্নমক্কী তূংনফম ওইরিবীনি, নুজা লীশীং লক্তগী অথোইবীনি। চমজবিবী, লৌশিং মপূং ফাদ্রিবী মহাকপু ঐনা লান্না

লমজীংলুবা থোক্কদৌরিব্রা খল্লুবদা ঐগী ব্বাফম করম্না হৌদোকপা ঙমগনি। অদুবু, ঙসি ঐগী কোক্তা কন্না নৈররিবা, ওইজবা থিবা, অপাম- নুংশি অমদি কল্লক মিহৌগী চিরোল- খারোল ময়ামসিনা চিঠিসি ইনবা ইনশিল্লক্লে।

শকুন্তলা, সংসারদা অপাম- নুংশি কল্লক- মিহৌ ফাওদবা কবম্বা নুপা, কনা নুপী লৈরমগনি? ঈশ্বরনা মহাক্কী দুনিয়া শেম্বা মতমদা নুংশি- নুংওনগী মরূ থাখ্রবনি; মাগী খূৎশেম ঙাক্লবা। ঐসু দুনিয়াগী অহিংবা জীব অমা ওইরুবনা মপুগী খূৎশেম্মু কান্দুনা চৎপা ঙমদে। নাম্বোক্তুনা চেনখিনবা পাঙ্গল লৈতে। অদুম্নদি ওইরগা ঐগী থম্মোয়সি নুংশি লৈনম চুবদা য়াম্না ব্বাবা পোৎশক অমদি ওইরকখি। মদুদা ঐগী নাপল মতেক অমা লৈজখিবনি। অদুবু ঙসিদি ঐগী নাপলদু মৈশা ফংলবা উনগুম খঙহৌদনা শৌদোকখ্রে। ঐবু মতম অমসুং চৎনরোলনা পাঙদবা, অযম্বা মীশক ওইহল্লে। ঐ পুন্সি খোঙলোয় অমগীদমক মঙফাওনবা ব্বানা ঙাইরি।

শকুন্তলা, ঐ বালাগীদমক য়াম্না খল্লি। মতু তুবুম অমা তেকহন্নীংদে। ঐনা কেশ তৌহন্নীংখিবদু মহাক্কীদমক খল্লুবদগীনি। শিংলকফম থোকপা শেলফমদু মহাক্কীদমক অচৌবা লাইবক অমা ওইগদৌরিবনি। মাবু অচুম্বা অমসুং অফবা লম্বীদা লমজীংবা হায়বসি ঐখোয়গী থৌদাংনি। শম্না হায়রবদা নচাগীদমক য়াইফনবা পুন্সি কৎথোক্লগে খন্না হিংলিবা নঙোন্দা ঐসু ঙমজবা খরা তেঙবাংফম থোকই।

চিঠিগী মতাং অসি য়ৌকপদা শকুন্তলা ঙাইঙমদবনা চোকথরকপগুম তৌই। মহাক মরন্নাই পুক্নীংগী বিচারদা শোল্লকখি — 'করিনো তৌরিসিবো, মহাক্না বালাবু আ য়ৌনা নুংশিবে হায়বা খঙলে। নুংশিবনা নুংশিবীগীদমক অসুম্না য়াইফনবা খন্দ্রবদি কনানা খনবীরগনি। নুংশিরে, পাল্লে, মমা ওইবী ঐগী করি মত লৈ হায়না কোক হেক শমজিল্লগা লোইরবসিদা। অসুম নাকোই চেন্দুনা, য়েনখা অকোয়বগী ফক্লাং থীন্দুনা লৈরিবসিবু করিগীনো? '

শকুন্তলা মখা পাথনবা চিঠিগী মতাং য়েংলিঙৈদা বালা চাকশঙলোমদা চঙখিবা উই। মচাদু মনাক্তা লাকপা য়াই খনবদগী মহাক

চিঠি থুপচিন্দুনা মোন মখাদা থন্নম্মী।

বালা চঙলকখিদ্রে, গ্লাসতা চম্প্রা মহী শুন্নগা মাগী কাবোমদা চৎখ্রে। শকুন্তলা শাংলবা স্বব অমা হোন্দোক্লগা চিঠি অমুক পাযখৎলম্মী।

—‘ শকুন্তলা, ইমানা ঐবু যাম্না পিক্না হুন্দোকপীবম্বনি। ঐ কবিগুম্বা মতমদা নাওথী শাবা হৈজবক্তে। অঙাং ওইবিঙৈদগী বাবাগী চৈবাক যাম্না কিজবকই। মহাক্না হাযবা ইন্দবা তৌখিদে। ঐঙোন্দা মীনা পামদবা থবক তৌবগী হৈনবী লৈবক্তে। বাবা লৈখিদ্রবা তুংদদি ঐগী অফ- ফত্তা তান্নফম মীশক হাযববু খুবাতোন মঙাযবে। নাইতোম তবক হিংলিবা খুবাতোনগী মঙলান অমা লৈ, ঐনা যূম পাল্লবদি অহল ওইশিল্লক্লবা, লেমহৌবিবা মহাক্কী পুন্সিনা পোৎথাবা ফংগনি। খুবাতোন্না মমীৎতগী মপি তানা ব্রাফম খবা হাযবকপদু ঐ যাদবা ঙমখিদে। মদু খ্বাইনা মাগীসু ঐগীসু অফবা ব্রাফম্নি শোযদনা হাযগনি। মবম অদুনা মতম কুইনা থৈদোক্কুনা থন্নুববা পুন্সি মরুপকী বাফমদা ঐ নকশিন্নবা কন্না হোৎনবম্বা মতাং থোকখ্রে। ঐনা ইম্ফালদা হন্দক মতম খবা লৈজবম্বদুদা খুবাতোন্না পুখৎলকখিবা বাফমগা মবী লৈনবা খোঙথাং অমত্তং চঙশিন্নবা হোৎনজবম্বনি। থৌবাং অদু ঈশ্ববনা উবীখি। ঐবু খূৎ পাযদুনা লেঙমান্নবী, মীথোই- মীহেনবী, জাতিসু তিন্নবী মহাক্কী যূমদা পুশিনবীখি। মহাক্কী অৱাংবা থাক, বাশি- গুণ অমদি ইমুং অদুগী সনমান্না ঐগী লৈযেং ফাদুনা থমখি। ঐগী খোঙথাংদু যৈথাই থিনগাই অচৌবা পল অমনা থৎখিবনা খুমাঙদি চাওশিনবা ঙমখিদে। শকুন্তলা, মতাং অসিদনি বালাগী মিং চঙলক্লিবা। চমজববী মহাক্না ঐগী খোঙথাংদগী ইকাইবা নংখ্রবা নত্রগা লাকচখ্রে খন্না অশাও- মৈহৌখ্রবদি ইনখৎলক্লিবী পুন্সিবু মযোল থুদেকপীবা ওইনা থোক্লগনি। মহাক্কী থম্মোয তাশোন্না লেংবগুম শোক্কনি। শম্বলনা হৱাইমতোন চাবা মানবা লোনচৎ অমা বালানা খনখিবসিদা ঐ হাযফম খঙদনা ৱায। শকুন্তলা, অমবু ওইবো, অমবু ওইবো, ঐগী আশা মাঙখিদ্রি। ঐগী মাঙ্গোন্দা পিক্লিবা অঙাংশিংনা চোন্না চেন-চোংদুনা শান্নবা ঐ উনীংঙি। নুমিৎ অদুবু ঐনা কয়াগী মতিক খৌবাংনা ঙাইবিবা! হে ঈশ্বব! ’

শকুন্তলাগী মীৎলুদগী শিন্থখিবা পিগী মতূম মতূম্না চিঠি চোৎলে।

অরোইবা শরুক য়ৌশিল্লক্নে। শকুন্তলা খূদাংনা পি তৈথোক্লগা ঙাইহাক অৱাবা খাঙলবা তুংদা মখা পাথে।

—' ইবেম্মা শকুন্তলা, ৱারবা ঐগী থম্মোয়গী ৱারোল হৈনদবা কয়া থাদোক্তুনা মীনুংসিগা লোয়ননা তাবীয়ু। ঐগী পুক্নীং- ৱাখল শকহেনবী, লেংমান্নবী মহাক্কী মফমদা লূপ্তুনা লৈরে। ঐগীদি তেঙবাংবীনবা কনাসু লৈজদে। ঐনা নিজরিবা ভিক্ষাসি ফংহনবদা নহাক্কী থৌজাল অমসুং নতেং চঙগদৌরি। মসি ঐ হঙ্গোয়বা থাদোক্তুনা হায়জরবনি ...।'

শকুন্তলা অশাউবগী স্বর অমগা লোয়ননা চিঠিদু লৈমায়দা থাদখি। ইকাই নুংশি য়ান্নবা খাম্বী মৈজাউ অমা থম্মোয়নুংদা চাকখৎলকখি। মহাক ইখং ইখং খংঙি, থীনা পাখৎখি। মশা পূম্বা নিকপগা লোয়ননা বুদ্ধি ইচোই চোই। চিঠিগী মরোল মচানা খঙখ্রবদি খল্লুবদা যাম্না কিজৈ। চিঠিদু লৈমায়দগী লৌখত্তুনা ৱারোইশিনগী শরুক পরেং মরি- মঙাদু মচেৎ মচেৎ শেগায়রম্মী। শোয়দনা হায়রক্লগনি খনবা ৱাহৈশিংদু মহাক পানীংখিদ্রে, তৌহৈগদবা মান্দ্রবনি। মহাক চিঠিদু ইনবেলপ্তা অমুক হাপচিন্দুনা থম্লে, হেনমন্না শাউখিবগীদমক্তসু ইকাইজরক্লি।

শকুন্তলা পুক্নীং ইরাঙ লাঙঙি, মাঙ্গোল দারি মপান্দগী অহাঙবা অতিয়াদা য়েংঙি। হাই- হুম্না শাৎলিবা লৈশিংদসু য়েংঙি। হৈনৌ, হৈখা অমসুং চুম্ব্রে মপান্দা খোইয়াম য়োল্লি। নৌনা য়েনীং হুল্লকপা নানৌশিংনা নুংশিৎকী শহুম ঙাইরি, জগোয় শাগে খনবা মাল্লি। অরিবা উনানদি নুংশিৎপু কয়াদা কিরিবা, লেঙনীংদবগুম ইতন তল্লি। মেঙলবা নুংশাদা চেক্লাশিংনা পরেং পরেং পাইরি। শকুন্তলা ইকাই নুংশি য়ান্নে, কপ্নীংবনা স্বর ফুনগৎলকখি। মহাক লৈতাফম ফংলক্ত্রবদা ইমুংদা অমুক চঙলক্লম্মী।

শকুন্তলা হিপফমদা কীৎ ফমথৈ, লূম্বগী চাং তংখাই অমা হেনগৎখ্রবগুম তৌই। মহাক মোন্দা খুদুম্না শুরগা মফম খঙহৌদনা লাউথোকখি —' ঐসি ওন্থোক্লা লাইবক থীখ্রেদকো! শান্তনুগুমবা মীশক অমনা হৌজিক্তা অসুম্না নুংশি কাইহৌরকফম থোক্লিব্রা? মসিদি লাইবিক হৈরগা লাইশু য়াওদবগী থবক্লি। ঐগী ৱাঙাঙ মীৎয়েং অমসুং খোঙথাংদা করি অকায়বা য়াওখ্রবগে? রেল গাড়ী মনুংদা মহাক্লা ঐবু কনবীখি। মতেংদু

ঐনা নিরুবদি নত্তে। হন্দকসু মহাক্না ঐখোযবু ঙাকপী শেনবীখি। মহাক্কী মীনুংশি অতাঙবনি। পূন্নমক্না থাগৎকনি। লমন থৌনবা থৌনা উৎখিবা ওইবল্লোই। মঙোন্দা ওন্নবা ব্রাখল অমত্তা লাক্কনি হায়বা থাজখিদে। ইচা নুপী মথোৎ কাবক্লিবীনি। খ্বাযগী মীৎয়েং চিংশিন্নঙাই মশক ওইরক্লি। শান্তনু পাখংনি। চহীদা খ্বা খেন্নজববসু বালাগীদমক ঐনা চিংনরুবা ব্রাখলবু অরানবা তাহল্লগা ঐঙোন্দা ওইনা ওনশিল্লক্লিবসিবু চুন্নিব্রা? হৌজিক ঐ কবি তৌসিগে? করি খুমসিগে? করি উপায়না নাম্থোক্লুবা হোৎনগনি। কমান্দো সিফাইশিং চঙলকপা মীকুপ্তুদা ঐনা মহাক্কীদমক তৌরুবা থবকসিদি উচেক্না মরূম কন্নবা হোৎনবদা মশা চাকই হায়নবদু তাগদৌরি। ঐগী থৌওংদুনা দোষ লঙজিনফম থোকপ্রা? ঐদি ইচা- ইয়া অমা কনবদগী হেন্না অতৈ খনখিবা লৈতে। ঐ ব্রাখল য়াম্না থেনখ্রমাল্লে। হৌজিক ঐ হৈ- শিংদ্রবদি শান্তনু ইকাইবা নংগদৌরি। নত্রুগা, ইচাগী মাঙদা ঐ শাথীনা চোপকদৌরি। ইচাগীদমক ব্রাজবদা পকচরবী ঐনা হৌজিকপু করি মঙলান্নো শাগৎকদৌরিবসি, ওইথোকপা য়াবা থবক নত্তে। ইচা লৈশাবী ফরে, অপাম - নুংশি পাউ চৎনবা হৈরবীনি। অহীংদা লোন্না মপান থোক্লুনা পাখং শান্তনুবু কৌশিল্লুই। মদু অপাম - নুংশিনা মঙোন্দা হাপখিবা থৌনানি। করিগুম্বদা মানা শান্তনুগী মফমদা হৈনীংদবা উৎখিবা লৈখিদে। ফিভম অসিদা নৌরিবী ইচানা শান্তনুনা কানশিল্লক্লিবা অঙকপা কারন খোঙথাংসি খঙখ্রবদি করি থোক্কদৌরি? ঐ খুদক্তা পাউখুম হন্দুনা মহাকপু থেমজিলহৌবনা ফগদৌরি। অদুগা, মসিমসু খনবদা লাল্লোই —মহাক্না বালাবু ফংনবা উপায় থিরকপদা ঐঙোন্দা হান্না থেংলিব্রা? অতোপ্পা, অচেৎপা মরী অমা শীল্লক্লবা। মসিবু চৎনবা য়ারিব্রা, হৌনদবনি হায়নগনি। মাগী মওংসি পূমশোয শোয়রপোৎনি, ঐ তুমিন লৈথোকপা য়াদ্রে। '

শকুন্তলা চে কলম অমুক পায়খৎলি। কল্পনাদগী পুন্সি থৌদাং অমগী পরীক্ষা পাউখুমদা ওন্থরক্লবদা লূনা খল্লম্মী। মহাক ইবা হৌরে।

**' ওজা শান্তনু,**

**ওজাগী চিঠি ফংজরে। য়াম্না মুন্না পাজে। ব্রাহৈ খুদিংমকপু ইকাই খুম্নজে। অহৌবদগী ঐখোয়গীদমক য়াম্না খনবীবা ব্রারোলশিংদুনা ঐবু ঙমখে**

লৈতনা হরাওহল্লি, নিকহল্লি। মরাইবক থীরবী ইচাগী মফমদা থম্বীরিবা থৌজান্দা ঐ কপচখি। অদুবু ওজা, পোলোইদদি ঐগী থম্মোয়দা মৈহুম্না চূবীরে।

তশেংনা ঙকই। মঙমক্তসু থোক্লোই। করম্না ওজাগী কোক্তা ৱাখল অদু চঙলকখ্রিবনো? থুনমক তাম্ভোকপীখো। ৱাফমদু ঐ য়াবা ঙমজরোই। খল্লুবদা ইকাইজবনা ৱা ঙাঙবা থোক্ক্রে। ঐনা করি দোষ লংশিনখ্রবনো, নীংঙমদবনা ঐ আত্মাঘাত তৌবা ঙমগদবা মাল্লি। ওজাগী মফমদা তৌবীমল উৎচনীংবনা তৎন- থানবা য়াদ্রবা অচেৎপা মরী অমদি থমজনবা ঐসু মঙলান অমা শাগৎচরুই। মদুদা কা হেন্না খ্বাইগী মীনোক চঙফম থোক্কে খঞ্জরুই। ওম্ভোকপনি! হায়হে- তৌহৈরোইদবা ৱাহৈ খরনা ঐগী নাকোংদা য়ৈররে। ওজা, ঐ যাম্না লাইবক থীবীনি। ঐগী মপোকসি প্রায়শ্চিৎ তৌরনবা থারকপা মাল্লি। ওজাগুম্বা মীশক অমবু লৈখা তাহন্নবা ঐ দোষ অমুক লঙশিঞ্জবা ঙমজররোই। ওজানা ঐবু নুংশিবীববদি অনীবকশুনা হাৎপীরোই খঞ্জে। তুং- মাঙ যেংবদা কনা লৈজদ্রবী ঐগীদি ইচানুপীনা থৱায় ওইরি হায়বসিমক্তংগা নীংশিংজগে।

অফবা লোনচৎ পূম্নমক্কী মপু ওইবা ওজাবু লমদম তান্নবা মফমসিদগী খুরুমজরি।

তোল্লবী নচল

শকুন্তলা।

শকুন্তলা চিঠি ইবা লোইদুনা নীংথিনা থুপ্লগা ইনবেলপ্তা হাপ্লম্মী। মচানা মখা করি ইরমগদৌরি হায়বসু খঙনীংবনা মহাক ঙাইঙমদবা ফাওরম্মী।

শকুন্তলা মপান অমুক থোবক্লে, মামতোন্দা চিঠিদু ডাগঘবদগী থারুনবা পীরুরে। মহাক কোবী মখোঙ শোম্নবা মতোন তুম্বী থাঙ অমা পায়খৎলম্মী। ৱাখল পোৎলূম্না নম্থরক্লবদি পোৎথাবা ফংনবা পাঙ্গলগী থবক হুমাং তানা তৌগদবনি হায়বসি মপুবোইবনা যাম্না তোযনা তাক্লম্মনি। মহাক

য়োৎপাকসু কন্না তৌবা হৌরম্মী।

শকুন্তলা থবক শূরকপা পূং অমা হেল্লে, নুংশা নেল্লে। কোবী পান্বী য়াঙ্খে, খামেন পান্বী কুনগী মখোঙ শোম্বা লোইদুনা ফদিগোম থাফম খরসু শেল্লি। হুমাং ফজনা তাই। অদুবু ঙাইহাক লাপথোক্লু বা ৱাখল পবেং তন্না অমুক হল্লকখি, খন্দবা ঙল্লক্তে — 'ঐসি ইকাইবা নংবদা যাম্না নকশিল্লক্লি। ইচানুপীদি ইতা নত্তগা ইমান্নবীনি হায়নবসু লৈবনি। ঐবু মাগা ইফোং ফোংনা খন্নহৌবনা ফরিবা জাৎলা'? মসিবু মীনা ঙাঙন হায়নবা য়াবিব্রা? শান্তনুনা ঐঙোন্দা থল্লক্লিবা ৱাফমসি ইচানুপীগা খন্নফম থোক্তে হায়বসি সাধারন মত ওইগনি। অদুদি বালানা হৌজিক য়াম্না থুনা করিগুম্বা চিঠি মঙোন্দা থারবদি ...? মাগী নহানগীদু মখা ইথদুনা শান্তনুগী মখূৎ য়ৌহল্লবদি ...? ইচাগী ৱা কন্থোক্লগা শান্তনুনা ইতিং তিংনা মপুক্লীংগী অপাম্বা ফোঙদোক্লক্লবদি করি থোক্কনি? বালা ইকাইবনা শিবা ঙম্বগী থাক য়ৌগনি। মতমদুদা ঐনা মাবু করম্না থেমজিনগনি?

শকুন্তলা যোৎখোক্তা শৌরগা পোৎথাবদা শুমাঙল্যোমদা য়েংলম্মী। মামতোন থোঙ্গান্দগী চঙলকই, অদুগা বালানা মমান্নবী এমবু থিন্দোকপা থোক্লি। মামতোন্না মঙোন্দা চিঠি থারুরে হায়বা তাক্লকপদা মহাক মশাদু ঈরূম লূমথবকখি। বালাসু পন্দনা মমাগী নাক্তা লাক্লে। মহাক থিন্দোকপদু থোঙ্গাল লাল্লুদে। মখোয়গী সংসার য়াম্না পিকখ্রবনি।

শকুন্তলানা হংলম্মী, " ইবেম্মা, কনানো লাক্লম্বদুবো? "

" ইমান্নবীনি, ইমা। "

" কৈদৌবনো? "

" আ অথাপ্পা মীরৈবাক্তা লৈবী ঐখোয়গী ইমান্নবী অমদা ঐগী চিঠি অমা খরা থাবীরুনবা ঐনা ঙরাং হায়রম্বনি। "

শকুন্তলা বালাদা মুন্না য়েংঙি।

" সি খরা তৌরম্মু, ঐ ঈশিং থক্লুখিগে। " মমানা মচাদা য়োৎপাক শিন্নে।

**শকুন্তলা ইমুংদা প্রপ প্রপ চঙলকই। রেক্তা থল্লম্বা শৈরেং লাইরিক থিরুই, লৈরমদ্রে। মহাক ঈশিং থক্লগা য়াম্না থুনা থোরকখি; অসুম চৎনা**

*চংনা খল্লি—' চিঠি অনীমক মতম অমত্তদা মখুৎ য়ৌরগনি।'*

ফদিগোম খুদক্তা হুনবা য়ানবা মমা- মচা মচু তানা শেল্লি। মাগী মাগী ৱাখন্দা লূপ্লখিবা মাল্লি, ৱা ইঙাঙ ঙাঙনদনা লৈরে।

শকুন্তলানা হৌরকখি, "ইবেম্মা, নুপীমচা, ইমা ৱা অমা হংগে।"

বালা ঙক্কক য়েংলকই, "করিনো ইমা?"

"নঙ শান্তনুগী মরমদা করি হায়নীংঙি?"

"মহাক অফবা মীনি।" বালা নোকফেৎ তৌই।

"নঙোন্দা মহাক্না করি হায়?"

"করিসু হায়রমদে। কৈদৌরগে, ইমাদদি করি হায়রম্বগে?"

"ঙাইখো, করিমত্তা হায়রমদে ...?"

"অদুদি ...?"

"হায়রক্কদবা মানবা লৈ।"

বালা ৱারীদা হেন্না পুক্নীং চঙবগুম য়োৎপাক থাদোকই।

"করি হায়রক্কদৌরিবা?"

"মহাক পাখংনি, অদুগা নংনা লৈশাবী।"

বালা মমায় ঙাংঙি, ঙাওশিন্নদুনা নোকই, "এ: ঐবু লৈশাবী!"

"নত্ত্রবদি হনুবীরা?"

"ইমা, ওজা শান্তনু ৱাখল য়াম্না খনবা নুপানি, মদুসু অফবতা। কৈদৌঙেদা মহাক ওইজবা থিবা মীশকসু নত্তে।" বালা ইতাও তাওনা হায়।

"নুংশিবগা ওইজবা থিবগা করিদবু খেন্নরিবনো," মমা লুশিল্লকই, "শেংনা হায়য়ু ইবেম্মা, নঙ মঙোন্দা করিমক্তি হায়খ্রবগে?"

"করিনো ইমা," বালা কেজরকই, "ইমানদি নুংশিকা হায়রুরব্রা?"

"চর-হৈ! অঙাওবীসিদি।"

মমা মচাদু ঙসিদি ফনা কন্না নোক্লম্মী।

# ৮

গুৱাহাটী শহরগী অৱাংলোমদা, ব্রহ্মপুত্রগী পাণ্ডু থোং লাল্লগা, আমিনগাঁৱগী চীংয়া লমদমদা লমখৈ চাউনা কল্লগা ‘ আই.আই.টি. কামরূপ ’ লৈ। ইনষ্টিট্যুৎ অসিগী ওজা শান্তনুবু ফিজিক্সতা হৈথোই- শিংথোইবগীদমক মীয়াম্না শকখঙনৈ। অৱাংবা চেকপল- শম্বলনা চেকশিন্না খারবা কে-ম্পস মনুংগী ক্বার্টর্স অমদা মহাক মথন্তা লৈরকখি। মহাক মথৌ খমথেংনা চিল্লি। লাইব্রেরীদা নত্ত্রগা লেবোরেটরী কাদা অথেঙবা অহীং ফাওবা ফম্বনা চাব- থকপগী ৱাখল ইবৈ লৈতবগুম উই। ছাত্রশিংতা নত্তনা ওজাশিংসু মঙোন্দগী মতেং লৌবা যাম্না লাকই। ময়ামদুবু কুইনা ঙাইহন্দনবা হোৎনবা হায়বসি মহাক্কী লোনচৎনি। অসুক্কী মতিক মথৌ চিনবা মীশক ওইরবসু, মহাক্কী ক্বার্টর্সপু অতৈগীদগী হেন্তক নান্না থম্নবদি হোৎনৈ।

হন্দক মরকসি শান্তনু মহাক্কী ক্বার্টর্সপু লন্নাই পৈসা পুথোক্তুনা অকায়- অতোয় মেনশিল্লি, লৈতেংগী পোৎচৈশিং লৈবগী চাংসু হেনগৎখ্রে। গমলাগা লোযনবা মীরৈবাক্কী লৈ- চারশিংগীদমক্তসু খরচ ফনা য়াম্না চৎলম্লগনি। হৌজিক মঙোন্দা অহোংবা অমা উই; শজিবু নিনমাঙসিদা নোং অনী- অহুম্লক চুখিবনা, অয়ুক- নুমীদাংদদি য়াম্না নুংঙাইবা মতম ওইবনরা, মহাক শুমাঙদা নুমিদাং থেঙনা থেঙনা ফম্বগী হৈনবী অমা লৈরকখ্রে।

নুমিদাংগী পুং তরামাথোই তারে। ঙসিসু শান্তনু শুমাঙ চৌকীদগী লেঙদ্রি। কোক্তোন্দা লৈবা থানা অপিকপা লৈচিল মতৃম- মতৃমগা শান্নবা য়েংলি। অহানবদা মহাক ইরাপ লাপ্তনা অকা-অকৃমদা, থেক্লা-খোয়না চেল্লিবা রেলগাড়ীশিংগী গদ্রং- গদ্রং, হুইস- হুইস খোঞ্জেলগা য়ানশিন্নবা চীংগোন্দা খোম্থাং য়ৈরকপা বিহু ঈশৈদা পুক্নীং লুপ্লম্বনি। অদুবু অসুম খরা খরা থেঙজিল্লকপদগী ব্রাখল ঈচেল হোংখ্রে। মঙলান্দা তাউরকপনি। চৌকীগী নমঙাদা খোয়দাজবী, লেঙমান্নবীদুনা হেক হেক পায়ররি। মদু য়েংলগা বালা লাপ্না হন্দোকখি। বালাবু মহাক্না কৌশিল্লি। মখা তমথরুগদবা বিষয় অমসুং অফবা কলেজ- য়ূনিবর্সিটিগী মতাংদা খন্নগে খল্লি। মহাক্না তাঞ্জবা শেল করিদবু শিজিন্নগনি, য়ুম্বানবগী পোৎলুম পুগদবনি। সনাগী সংসার অমা য়াম্না থুনা উনীংলক্লি।

নুমিৎতু নোংমাইজিং ছুটিনি। খানা পারাদা লৈবা, হোৎনবা কনবগীদমক ময়াম্না শকখঙনবা, ইনষ্টিট্যুৎ অসিগী অরোইবা চহীগী ছাত্র অমনা চাক্লেন অমগীদমক পীরকখিবা বার্ত্তন শান্তনুনা য়াখ্রবনি। হায়নখিবা মতম, নুংথিল পুং অনী চপ চানা ছাত্রদুনা মহাকপু লৌবা লাক্লে। হান্নদগী শেম শাদুনা লৈরম্লবা শান্তনু ছাত্রগা লোয়ননা গেটতা খাল্লিবা কার তম্না লাকখি। ড্রাইবরগা পাখং অমগা মখোয়বু ঙাইরম্মী। শান্তনু মহৌশানা মহাক্কী ছাত্রশিংগা লোয়নবা য়াম্না পামজবনা হরাওনা ব্রারী শাই। অঙাংশিংদু ব্রা ইঙাং ঙাংদে, ওজাবু কিজবা মাল্লি।

মখোয় পাণ্ডু লাম্হোক্তুনা কামাখ্যা, কছারী, গুৱাহাটী ক্লব, গনেশগুড়ীনচিংবা মথং মথং লাক্লগা হাথী বাজাররোমদগী বেলটোলাদা লাক্লম্মী। চেকপলগী মনুংদা, ক্বা অমসুং য়ুবী পাম্বীনা কোয়শিল্লবা অচৌবা, অমনবা য়ূম অমগী গেটতা চঙলকপদা শান্তনুনা খল্লম্মী, ছাত্রদুনা মরূপ- খরসু পুখিগদৌরি। ফম্মিন্নবা পাখংনা মী উনবদু য়াওবীনবা হায়জরকপদগী মহাক ছাত্রগী মতুং ইন্দুনা য়ূম অদুদা চঙলম্মী। মঙাল ফজনা চঙদবা অচৌবা কা অমদা মখোয় ফম্লম্মী। ড্রাইবরদি লাকমিন্নবা পাখংগা থোকখ্রে। ছাত্রদু মরু থেক লুকথখি। শান্তনুনা কৈদৌবে খন্দুনা যেংলিঙৈদা থংনবা কাদগী নুপা অমা লাক্লে। ছাত্র খঙহৌদনা কপ্লকখি, উপায় লৈতবগুম

মা শান্তনুদা য়েংলম্মী। কোন্না থোরকপা নুপা করেম্নবা মীনোক্কা লোয়ননা হায়, " ওন্থোক্না নৌখ্রেদা। সে,পাখংসি য়াম্না থুনা ময়ূমদা থিল্লু। মচীন্দগী ব্রাহৈ অমত্তং মপান থোরকপদা মপুন্সি লোইরে, অদুগা ঐখোয়গী ব্রা তাদ্রবদি মখোয়গী ইমুং তুমগনি হায়বসু খঙহল্লু। "

ছাত্র অদুনা শান্তনুদা য়েংলগা লানখ্রে হায়জবগুম মখূৎ লোন্নদুনা হেন্না হেন্না কপখৎলকপদা অতোপ্পা নুপা অমনা লাউহৎখি, " তুমিন লৈয়ু। "

ছাত্র নুপা অনীনা চপ্লগা পুথোকখ্রে। শান্তনু অঙকপা দ্রামা অমা য়েংবগুম থোকই। চহী কুন্থ্রাগী লেঙগা ওইবা, মৈতৈশক চঙবা, মায়োক্ন না ফল্লিবা নুপাদুদা মহাক্না হংঙি, " করি পার্টি ওইবীরবনো? "

খৌরি য়ৌদবা মীনোক্কা লোয়ননা নুপাদুনা খুম্মী," পার্টিগী মীনি হায়বা খঙলিবদুমক ফরবনি। অদুবু, অব্রাং-নোংপোক লমদমগী লালহৌলূপশিং অমত্তনি হায়বা খন্দবদি লাল্লি, খঙবা ব্রাৎলি। '

" ঐবু মফম অসিদা পুবীরকপগী মরমদু তাকপীয়ু। "

" অচৌবা নরান অদুবু নহাক্না খঙশিন্নদবগী কান্নবা লৈরোই। " নুপাদু খূরবা মমিৎনা হুত্তুনা য়েংবগা লোয়ননা শাউগৎলকখি, " ওজা শাণ্তনু, নহাক ঐখোয়গী য়েক্লবনি। "

" করি ব্রানো তাকপীরিবসি, ঐনা ময়ামগী মফমদা করি অকায়বা চৎখ্রবগে? " শান্তনু নুংগী অশাউবা ফাথরগা ঈংনা হায়।

" অব্রাংবা থাক্কী নহৈ, ফজরিবা শক, পায়রিবা ফম, তাল্লিবা সনমান, অদুগা তৌথোরকপা থবক্না মী মচাগী, তশেংনা ঐখোয় ঙকই; অদুক ব্রাখল থেল্লিবা অমদি পুকচেল মচা ওইরিবা করিগীনো? "

" অদুম্না চৈবীবগী মরমদু ঐ ভাব তাবা ঙমজদে। "

" হায়াশিন-তৌশিন্নদুনা ঐখোয়দগী নাম্থোক্লবা হোৎনবা করিসু কান্নরোই। হৌখিব মার্চকী তাং ২২, ইরাই নুমিৎতা নহাক কদায়দা লৈ?

" ইম্ফালদা লৈ। "

" ইম্ফাল কনাগী য়ূমদা? "

শান্তনু ঙক্তক তৌই, হায়দোক্লবা হোৎনবদা ইকাইবগী ঈহুল অমা মায়থোং য়ৌনা শন্দোকখি।

" মরূপ অমগী য়ূমদা। "

" চুম্মী ফজবী মমল লৈবী নুপীশিং খন খন্দুনা থেন্বা, মরূপ শেন্বা; খূৎচল্লবীশিংদুগী ময়ূমদা লেক- চাবা, শানৈ- য়ূনৈবা নখোয় শেল পাযবা লমচৎ নাইদবশিংগী থবক্নি। "

শান্তনুগী থম্মোয়দা খাঙঙমদবা চৈনা ফাওই। মহাক শোন্থবা যাদবা মতাং অমা লাক্কদৌরি খল্লম্মী।

" ঐ পুন্সিদা নুপী লোযনদ্রিবা, মশক খঙদ্রিবা, নিষা যাদা তাদ্রিবা মীশক্নি, চুম্না ঙাঙনসি, অচুম্বা পাউখুম পীজগে। অদোম্না ঐঙোন্দগী খঙবা পাম্বীরিবসি করিনো? " শান্তনু নোঞ্জবা শক্তম উৎতে।

" পার্টিগী খ্বাইদগী চাউবা য়েক্লবসি খূরক্কী ঈনা লাই শাবনি হায়বদি খঙবীব্রা? "

শান্তনু শাউনীংমনবদগী নোকথোকখি, " অদুম্না কবেম্নবদি তৌবীগনু, ঐ খাঙবা য়াম্না ব্রাজে। "

" নহাক য়েক্লবদা পাউ পীদুনা ঐখোযগী পার্টিবু মাঙনবা শীনবা মীশক্নি। তোল্লবা, ফক্তবা থবক্তু তৌখি হাযবা নশানা য়াজগদবনি। "

" ব্রাফমদু ঐগী ব্রাখলগদি য়াম্না ওন্নরে। "

" নহাক্না ফনা য়াম্না চেল্লবসু কান্নরোই। রঞ্জীৎ অমসুং অথোই নহাক্না হাৎহনখিবনি। "

" কনা রঞ্জীৎ কনা অথোই, ঐ খঙজদে। "

" নমথাক্তু করিসু কান্নরোই, শেংনা হায়য়ু। মখোয়গা নহাক্না করি নুংঙাইনদবা লৈখি ? "

" পুন্সিদা শকখঙনখিদ্রিবা মখোয়গা নুংঙাইনদবগী মরম লৈফম থোক্তে। "

" অদুদি, অহীং অদুদা নহাক্কী শানৈ- য়ুনৈফম য়ূমগী মনাকমক্তা কমান্দোশিংনা হাৎখিবা পাখং অনীদু কনা কনানো? "

" ঐ মখোয়বু খঙদে। খবর চেদা মমিং- মথা লৈফম্নচিংবা হাপখি, থোইনা ব্রাখল চঙলুদবনা মিংশিংদু কাউখ্রে। "

নুপাদু কংনোক্তা মখা তাই, " য়েক্লবা হাৎখিবসি নুংঙাইবনি।

মমাখক্তা নত্তনা মচাসু লৌবা য়ানবা নহাক্লা এস.পি.দা পাখংশিং অদু অহীংদা কোয়বা লাক্কনি হায়বা রিপোর্ট পীরুই। মথৌ পাঙথোক্লবা এস.পি.গা নহাক্কা য়ূমদুদা হরাওবা ফোংদোকমিন্নখি। মখোয়গী হৈনবীদা খূৎলাই ফংবগী মনা কমান্দোশিংবু লৌহনখিবনি। হৌজিক নশাগী নরাল মপূং ফানা নীংশিংলকফম থোক্লে, করি হায়নীংবা লৈরি? ”

নুপা অদুনা শান্তনুদা চাগদবগুম অঙাংবা মমিৎ লাওথোক্তুনা য়েংলম্মী।

শান্তনুগী থম্মোয়নুংদা শীংনবগী লম্মৈ চাকখৎলকই, “ ব্রাহং অদুগীদমক অদোম্বু থাগৎচরি। অদুবু , ঐসি মমল য়াওদবা মীশক অমনি খনবীরগা ঐগী পাউখুম পূন্নমক অরানবদা ওন্থোকপীগদবা লৈরবদি ঐ ঙাঙদবনা ফরে। ”

হন্দকসু নুপাদু করেম্নবগুম নোক্তুনা হায়,“ ব্রা! ব্রা! হৈ, য়াম্না হৈ ; ফজনা ট্রেনীং তৌরমখ্রেদা। ফরে অদুদি, নহাক্কা শকুন্তলাগা নুমিদাং অদুদা ফমুং অমত্তদা তূম্মিন্নখি হায়বদি লাল্লিব্রা? ”

“ অদুম্না খনখিবা লান্দে, অদুবু তূমিন্নখিদে হায়বসিনা চুম্মী। তৌশিন্নবনি হায়বসিনা পূমশেং শেংলে। ”

থোঙজিন ময়াদা মীকুপ খরগী মমাঙদগী লেপ্তুনা লৈরকপা নুপাদু চঙশিল্লক্লে। মহাক শান্তনুদা য়েংদে, ব্রাহং চৎথরিবা নুপাদুগী নাকোংদা লোন্না করিনো খরা হায়রম্লগা থোকখ্রে। তাঞ্জাদুদা নীংশিংবগী নোংথাং অমা শান্তনুগী কোক্তা ঙাল্লখি, মহাক্লা নোংমা এস.পি.গী ওফিসতা অহীং নোংমৈ কাপ্নখিবা থৌদোক্কী মতাংদা হেন্না পাউ খঙনীংবদগী চৎলুবদা উকিল মনি ফম্লমখি। শকুন্তলাগা নুংঙাইনদবা মনিনা ফজনা শুংলকপা পাউদা পার্টিনা চিংনবগী ব্রাহং চৎথরকপনি হায়বা শান্তনু খঙলক্লে।

ব্রা হংবা ঙাইহাক লেপ্লুবা নুপাদু মখা চৎথরকখি।

“ মমা কোযরগা মচানুপী লৌনবা হোৎনবা অতাঙবা ব্রারীনি। ” নুপাদুনা শান্তনুদা য়াম্না উশিত্তনা য়েংঙি। “ নুপী ঙাওহনবদা মকোক ওইখিবা কৃশাঙগী ব্রাবীদা মদুগুম্বদু য়াওদে। নঙগী শেলগী মগুণসি ওখাক কনবা জাৎনি, হিরমসিদা ওইরম্বা তারে নঙনা ডাক্তরেট ফংখ্রিবসি? ”

শান্তনু হায়ফম খঙদনা ৱারৌই, কন্তক হায়রকখি, " অদোম্না ঐবু ইরাল লৈরে হায়না লৌবীরব্রা? "

" মদু নশানদি য়ারবা নত্ত্রা? "

" ঐনা কনাগীসু মাঙনবা তৌখিদ্রি হায়বসি অমুক্কসু হাযজবি। "

" ওজা শান্তনু! লাল্লে হায়জৌ, ঐ অহলশিংদগী নহাকপু ঙাকপীনবা কন্না নিজগে। মুন্না খল্লু। হৌজিক নহাকপু মফম অমদা অমুক পুখিবা পান্ব্রা? নবোল শেংদ্রিফাওবা নহাক ঐখোযগা লৈমিন্নবা তাববনি। "

" কবি মতাংদনো ঐনা লানগদৌরিবা? লাঞ্জদবা মীদা দণ্ডি পীনবা মরম লৈতবনা ঐ মযামগা মতম কুইনা লৈমিন্নবা নত্ত্রগা মফম কয়াদা চৎপদসু চিংনবা, নুংঙাইতবা করিসু লৈজদে। অদুবু, মতাং অসিদা ঐনা হায়জনীংবা ৱাফম অমখক্তংদি লৈ। "

" করিনো? "

" ঐবু ঙসিগীদমক্তদি য়ূমদা হলহনবীযু। হয়েং অমুক ঐ লাকচগে। " নুপাদু অশাউবা য়াওনা নোক্লম্মী, " ঐখোয়বু অপঙবা শীগেরো ? পুলিসতা তাক্লুগেরো? "

" ছাত্র অদুনা ঐবু পুখোরকপনি। গেটতা গার্দশিংনা কাব নম্বর নোট তৌহৌরবনি। ঙসি ঐনা হন্দ্রবদি অঙাং অদুগী লৈফম থিদুনা ঐগী খোঙ্গুল লীরক্কনি। মবাল লৈজদবা অঙাং অদু ইনষ্টিট্যুত্তগী তান্থোকপীবতা নত্তনা মপুন্সি মাঙবা যাবগী দণ্ডি ফংবা য়াই। অচৌবা খুরৌনি। অঙাং অদুগীদমক খনবীরগা ঐবু থাদোকপীয়ু, হায়বদি ঐবু হৌজিকমক নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা ক্বার্টর্সতা য়ৌহনবীযু। মদুগী তুংদা ময়ামগী চিংনবা কোক্ত্রিফাওবা ঐ পাউখুম পীজগে, লাকউ হায়বা মফমদা লাকচগে। "

নুপা অদু ঙাইহাক ঙকচানরপ শান্তনুদা য়েংলম্মী। য়ানীংবা মতৌদি উদে, অদুবু হায়রকখি, " পার্টিগী মায়োক্তা থবক তৌবা, মরাল লৈবা মীবু লেম্না খক থাদে, ঐখোয়গী খূৎতগী নান্থোকপা লুবনি। ...ফরে, নহাক হনখ্রো। হয়েং নুমিদাংৱাইরম পূং অহুম ফাওবগী মনুংদা নহাক আসাম ষ্টেট ট্রান্সপোর্ট ওফিসকী কাউন্তরদা লাক্কদবনি। "

নুপা অদুগী পাউতাক মতুং ইন্না মখোয় মী অহুম্না শান্তনুবু কারদা

পুরকখি। দিসপুরগী চরালী য়ৌরকপদা মহাকপু কারদগী কৃমথহনখি।

শান্তনু নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা ক্বার্টর্স কমপ্লেক্সতা চঙলক্লম্মী। মহাক ঙসিসু শুমাঙদা অথেঙবা অহীং ফাওবা ফল্লম্মী। মঙোন্দা ব্যবহার থম্বীদবা, মী মচাগুম উশিৎপীদবা, মরাল শীনবা হোৎনবগী লৃজদবা ৱাঙাঙ কয়ানা য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে। মহাক অরাম-খৌরাংবা ফাওদে। মতম শাংনা লোৎলুরবা দলীলগী ৱাথোক চাউথোরক্লি। শেলগী মিহৌবদা মীফত্তশিং অদুনা নৌরিবী লৈশাবী অমগী পুন্সি মাঙহন্নবা হোৎনৈ। মতু শোল্লবী মমা মচাবু নৈহৎনবা থৌরাং পায়খৎলি। উপায় লৈজদ্রবীশিং অদুদা ইচম চম্না মতেং খরা পাংলুবগীদমক অরানবা পাউ পীশিন্দুনা মাবু অৱাফমদা তাহন্নবা হোৎনরে। মসি থোক্লকপা য়াই হায়বা শান্তনু খনখিদবা নত্তে। অদুবু অচুম্ববু শৌগৎনীংবগী ধর্ম্মনা ওইরকপা য়াবা ফত্তবা ফল পূম্নমক কাউথোকহনখি। হৌজিকসু মহাক লাঞ্জদ্রবীশিং অদুগীদমক চপ চানা লেপকে খল্লম্মী। মরাল লৈরবা মীগুম নমথাক্কী ৱায়েন্দা মহাক করিগী নোঞ্জগনি , মশা লান্দে হায়বসি চপ চানা খঙহনফম থোকপনি। মরম অদুনা শান্তনু নোংঙানবা য়াম্না ৱানা ঙাইরম্মী। মহাকপু ফারিবা পার্টিগী অহল খরগা খুদক্তা ৱারী শান্ননীংবনা ঙাইঙমদবা পোক্লে।

গম্ভীরদগী শেল পৃখিবা উধব অমসুং মহাক্কী মরূপ মনি পাঙ্গল লৈবা, তৌবা ঙম্বা মীশিংনি হায়বা হৌজিক গুৱাহাটী য়ৌনা মখূৎ শাংদোরকপা ঙল্লিবসিনা তাক্লে। মসিদা মমা- মচানা মখোয়গী মায়োক্তা করি তৌবা ঙমগদৌরি? শজিনা কৈশান্দা ওনশিল্লুবা ওইনা থোক্কদৌরি। অরানববু শেলনা অচুম্বগী মচুদা ওন্থোক্লরবদা মখোয়বু কনানা শেন্নবীগনি? মহাক্লা চিঠিদা হায়জ নোঞ্জখিবশিং অদুনা অফবা ফল পুরক্লবদি নক্লবা মরী ওইদুনা মখোয়বু কেম্পস মনুংসিদা লৈহন্নবা থৌরাং তৌফম থোক্লবনি।

শান্তনু মশাগী ৱাফম কাউথোক্তুনা মমা- মচাগী ৱাখন্দগী খক লৈথোকপা ঙমদে। উকিলনা মখোয়গী কেশকী মতাংদা করি থবক পায়খৎপা হৌখ্রে হায়বসু মহাক য়াম্না খঙনীংলম্মী।

শান্তনুগী ৱাখল হঙ্গৎ- হন্দা চৎলি। মহাক পূংজা কাংদনা থোক্লিবা থৌদোকশিং খল্লুদবা নত্তে। মঙোন্দা শীরিবা মরান ইরায় লায়বা ৱাফমদি

ওইররোই। মহাক মরাল লৈতে হায়বা খঙহনবদা মতম চঙগদৌরি। পার্টিদুনা করিগুম্বা মহাকপু ফাজিন্দুনা থমগে হায়রবদি, অরোনবা ৱাফম মপান থোরক্কনি। মঙোন্দা চিংনবা মীৎয়েং থম্বসু য়াওরক্লোই হায়নিঙাই লৈতে। মহাক্কী ৱাখল লোইবা নাইদে। য়াম্না থেঙখ্রে। অথাপ্পদা শক্লিবা বিহু ঈশৈদু নত্ত্রবদি পূমচিক চিক্লগনি।

শান্তনু ইমুংদা চঙলক্লম্মী। উকিলদা টেলিফোন তৌরুই। কেশ হৌদ্রি হায়রকপদা য়াম্না নুংঙাইখিদে। হৈনীং হৈনীংদনা চাকশঙ য়ৌশিল্লি। হোর্লিক্স গ্লাস অমগা য়েরুম অফুৎপা অনীগনা লেল্লগে খল্লম্মী।

য়াহৌবদগী শান্তনু মথৌ য়াম্না চিনখ্রে, থবক কয়া মথং মথং লোইশিল্লি। মহাক পূং তরামাথোইদা ক্লাসকী মাঙওইননা ওফিসতা লাকখি, চৌকীদা হেক ফমথবগা টেবল মথক্তগী আসাম ট্রিবুন লৌখত্তুনা য়েংঙি, ময়ূমদা পাবা ফংলক্তবনা খৌরাংবা য়াম্না লৈ। হেদলাইন মথং মথং য়েংলকপদা অহানবা লামায়গী য়েৎথংবা মখা কাচিন্দা চাউতক তৌবা ময়েক্লা ইবা উই—‘ আই.আই.টি. ছাত্র অমা থৌরী য়ান্দুনা শিরল্লে। ’

শান্তনু পাউদু শাগৎনা পাই —‘ আই.আই.টি., গুৱাহাটীগী মঙাশুবা সিমিস্তর লোইখ্রবা ছাত্র অমা হৌখিবা নুমিদাংৱাইরম পূং তরুক লোম তাবা মতমদা খানা পারাদা লৈবা ময়ূমদা, মশামক্কী তূম্ফম কাগী শিলীং ফেন্দা থৌরী য়ান্দুনা শিরল্লে। লৈখিদ্রবা ছাত্র অদুগী মমিং মহেশ গোগোই কৌই, চহী ২২ শুরে। অপোকপগী মিং শীতল গোগোই কৌই। মহাক করি মরমগীদমক অদুম্না আত্মাঘাত তৌখ্রিবনো হায়বা ইমুং মনুংগী মীশিংনা খঙনদে হায়রি। ’

শান্তনু মকোক ঙাওই, মীৎতগী পি শিন্থখিবা খঙহৌদে। মায়কৈ খুদিংমক ইমম মন্মি। ৱাখলনা ফুম্বংনবগুম ফল্লিঙৈদা পিওন অমা চঙলকখি, অদুগা তপ্না হায়রে, “ ওজাবু প্রিন্সিপালনা কন্দোলেন্স মিটিংগী মরমদা তান্নসি হায়না কৌরি। ’

শান্তনু মঙক নোম্মী, ৱাদি ঙাঙদে।

নুমিৎতু ক্লাস চৎথখিদ্রে। শান্তনু মেসতা অফংবা খরা চারগা পূং অমা তাবা মতমদা ক্বার্টর্সতগী থোরক্লে। মহাক সিটি মনুং পলটন বাজার

য়ৌবা মিনিবসতা তোংখৎলম্মী।

আসাম ষ্টেট ট্রান্সপোর্ট ওফিসকী কাউন্তর রেষ্ট হোলদা শান্তনুনা ফল্লকপা পূং অমা হেল্লে। রেলগাড়ী অমসুং বসশিংগী য়াক্লবা খোঞ্জেল, পেসেঞ্জরশিংগী চরাঙনবা মতৌ মহাক তাদে, উদে; য়াম্না চিক্লবা মফমদা ফম্বগুম খল্লি। লেঙলি- চৎলিবা মীয়াম মরক্তা উনসি হায়নখিবা মীশিংদু য়াওরিব্রা হায়না লৈ-লৈদুনা য়েংলম্মী। মশক খঙবা কনাসু য়াওদে। মরালনা পোৎলূম ফারবা মীশক্তুম মহাক মশাবু নিন্দা তৌজখি। শকুন্তলা অমসুং বালা মমা মচানা খুদোংথীবদা তানবগী মরম মহাক্লি। মহেশকুল্লবা মমল য়াল্লবা ছাত্র অমবু ইরায় লায়না হাত্তোক্লবনি। মহাক পুন্সিবু মঙ মানশিল্লকই। মাঙদা চৎলি- ফল্লিবা ময়ামদু মঙলৈবাক্তনি খল্লক্লে। মপুক্লীং য়াম্না নুংশিরকখ্রে। মতম অসিদা মহাক্কী মাঙদা নুপা অনী লেপ্লখি। অমনা তপ্না হায়রকই —“ ওজা, অহলশিংগী লৈফমদা চৎসি, ঐখোয়গী তুং ইনবীরকউ। ”

শান্তনু ফুক হৌগত্তুনা পাখং অনীগী তুং ইল্লম্মী। মফমদুদা ভারতকী অৱাং-নোংপোক লমদমগী কাঙলূপ কয়াগী মীওইশিংনা চিক্ল- চাইনবা ঙমদ্রে। মখোয় অহুম মীরক খায়দুনা লাক্লগা ওতোরিক্সো অমদা কাখৎলে।

পূংখায় অমরোমগী তুংদা মখোয় গুৱাহাটী জূ ময়া নক্লা লৈবা য়ূম অমদা চঙলম্মী। অহাঙবা কা অমদা মী লাকপা ঙাইবগুম মখোয় অহুম চৌকীদা ফল্লম্মী। ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙনদে। পূংখায় ফারে ঙাইরকপা। নুপা অনী থোঙ হাংদুনা চঙলক্লে। মখোয় অনীগী মরক্তগী অমদি শান্তনুদা শংত্রিক যেংঙি, কেমরানা ফোটো নম্মী, অদুগা করিসু হায়রমদনা মপান অমুক থোকখি। নুপা অদুগা অতোপ্পা মী খরগা থংনবা কাদা লোন্না অহোমিয়া লোন্দা ঙাঙনবদু শান্তনুনা তায়। ৱা মুন্না লৌশিনবা ঙমদ্রবসু মহাক্কী মবমদদি ওইরে।

শান্তনুগা মায়োক্লনা ফল্লিবা কোন্না চঙলকপা নুপাদু থংনবা কাদা চৎখি, ঙাঙনখিবদু তাবদগী ওইবমগনি। নুপা অদুনা করিনো খরা তানরুই।

নুপাদু অমুক হল্লক্তুনা শান্তনুদা য়েংলগা হায়রে, “ মথং ইরাই নুমিত্তা, ঙসি মঙানি লৈরগা, নহাক জূ গেটকী ৱেটিং শেদতা শোয়দনা

মতম অসিমক্তা লাক্কদবনি। ঙসিগীদি চৎখ্রো।

শান্তনু পুক্লীং নুংশিবতা নত্তনা ব্রারৌবসু য়াওরে। হায়বকখি, " ঐবু হঞ্জিন হঞ্জিন কৌদুনা অব্রাবা পীবীগনু। ঐঙোন্দগী খঙবীনীংল্লিবসি কবিনো? ঐ পাউখুম পীনবা থৌবাংদা লৈজববনি। "

" নঙ যেক্লবগী মীনি, ঐখোযবু মাঙনবা শীল্লি। মদুনি নঙনা পীগদবা পাউখুম। "

" অদুক চাউবা মবাল অমা ঐঙোন্দা শীবীবিবা কবিগীনো? "

" মথং লাকপদা পূম্নমক্কু হাযবগে। "

মীনুংশি পক্তবা নুপাদু থোকখ্রে। ফম্মিন্নবিবা পাখং অনীনা মমাঙ নুমিত্তা তৌবগুম শান্তনুবু থোঙ্গাল্লোমদা পুথোকই। শান্তনু যাম্না যানীংদনা মখোঙ থাংলম্মী।

গুৱাহাটী সিটি মনুংদা শান্তনুবু পুবিবা কাব লৈ- লৈদুনা মিনিট কুনলোম চৎলবা তুংদা রেলৱে ষ্টেসন চঙফমদা খামখি। মহাকপু মফমদুদা কূমথহল্লে।

শান্তনু মাযথোং লাংশিন্না মহাক্কী ক্বার্টর্সতা হল্লকখি। ঙসিসু নুমিদাং থাবন্দা ফম্লম্মী। মহাক শকুন্তলাগা পাউ ফাওনবা ঙমদবদগী য়াম্না খোইশাওনরম্মী। মথং ইরাই নুমিৎতা মহাকপু অমুকসু কৌরিবনি। হন্দক্তি মখোয়না মহাকপু অথাপ্পা মফম অমদা পুনবা থৌরাং তৌরকপা য়ারি। মখোয়গী থৌওং অসি মঙোন্দা অরূম্বা চৈবাক পীনবা থৌশিল মাল্লি। মবক অসিদা মহাক শকুন্তলাখোয়গী ফিভম খঙদোক্লুনবা ইম্ফাল চৎপনা ফগদ্রা, মখোয়গী পাউ নোংম- নীনিসি ঙাইবনবু চুল্লিব্রা? ব্রাখন্দা চপ চানা চিংখাইনরি। মখোয়গী পাউ উকিলনসু পীরকপা ঙমদে। মহাক্লা থেংনরিবা সমস্যা অসি খঙহন্দ্রবসু মখোয়বুদি খুদোংথীবদগী কনবা ঙম্নবা শাফগদবা মফম অমদা থৈদোকপীরুনবা থবক পায়খৎফম থোকপনি। অতোপ্পগী পুন্সি কন্নবা তেঙবাংগীদমক হায়জ- চৎচববু হন্থনা খন্নফম থোকপ্রা? করিগুম্বা মহাক্কী আশানা মঙফাওনরবদি মহাক্লা শকুন্তলা মমা- মচাবু মফমসিদা পুরক্লুনা লৈনবা হায়জবদা য়ারক্কদ্রা? মমাগী অনীংবা, অপাম্বদা মচা লৈশাবীদু হুমদুনা পুবা ঙমগদ্রা? খুদোংথীবগী লাংসি মহাক্লা থাকপনি খন্দুনা মমা- মচাদু

ব্বারৌরমগদ্রা? খন্নীংবা খল্লসনু, অচুম্বদু কোন্না খঙজরক্কনি। অদুবু হৌজিক লুরিবদি মহাক ইরাই নুমিৎতা মখোয়দুগা অমুক উনদবা য়ারোই। মদুদা করি থোক্কনি হায়বা খঙবা ঙমদ্রিবনি। মরাল লৈজদবা নুংশিজরবা ছাত্র অমগী পুন্সি ইরায় লায়না মাঙহনখ্রে। মদুদা মখোয় করি নীংঙমদবা নত্ত্রগা অব্বাবা ফাওরিবগে? মমল য়াল্লবা, চমজরবা মীওই কয়ানা অব্বাবা তাখিবদা মখোয়না করম্বা অচুম্বা বিচার তৌবীখ্রে? নীংঙমদবা মচেৎ অমা ফাওবসু উৎপীনীংদে। মখোয়গী ব্বারোইশিন্দি, মাঙখ্রবদি মাঙখ্রে, শোয়খিবদগী থোকখিবনি, অসিতনি। মখা কনানা হংনরি? মতম অসিদা পাঙ্গল শোল্লবী অনীদুবু কনবীনবা শয়েঙ তিংলগদৌরিবসি কনানো? শান্তনুগী ব্বাখল মীশুমাঙ শীৎপগা অমহানি। মহাক লৈত্রবদি মখোয় খমথেংনা অব্বা-চৈথেং নংহৌরগনি খল্লুবদা অচুম্বা ব্বায়েল তারোইদবা খূৎতগী নাম্থোকহৌবনা ফগনি হায়নসু খল্লক্তবা নত্তে। মঙোন্দা য়ু.এস.কী বিসা লৈ। অচৌবা ষ্টেট ইস্তাব্লিসমেন্ট অমনা থবক্কী ওফর পীরি। মফম অদুদা লৈকুরবদি মখোয়গী খূৎ য়ৌরকপা ব্বাগনি। মহাক্কী মরীনি খঞ্জবা থব্বায়শিংবু মফমদুদা পুরগা তংদু লৈতানা, অনৌবা পুন্সি শেমগৎলুবা ঙমগনি। ঈচেল অসিদা লুরিবদি, শান্তনু অসুম খন্থে, মঙোন্দা মরাল শীরিবা লূপশিংনা মীচেন্নি হায়না লৌখিগনি। অদুগী মথক্তা মহাক্কী পুন্সি শেমগৎপীরকখিবা আই.আই.টি ওথোরিটিনা ওইজবা থিবা, নমথাক তৌবা মীশক ওইনা খনখিগনি। অসিগুম্লবা মীনোক- মীচৈবু মহাক্কী আত্মানা তাবা ঙল্লোই। মসি পাঙদবা নত্ত্রগা চাউখৎতবা কৌই। অদু ওইরবদি করি তৌবা তারি, মঙোন্দা তোয়না তোয়না হংলকখি। উকিলদা টেলিফোন তৌদুনা মমা- মচাগী ফিভমগী মতাংদা অশেংবা পাউ অমত্তং পীবীরক্লবা হায়জখিবনা ফরোইদ্রা? উকিলদু থবক য়াম্না চিনবা মীনি। মতম খজিক্তং কায়থোকপীয়ু হায়বা য়ারক্কদ্রা? মতমসিদা শকুন্তলাগী য়ূমদা টেলিফোন লৈতবসি নুংঙাইতে। মদুগী অফবসু লৈখিদবা নত্তে। হৌজিক উকিলগী মতেং নিবদা পোপ তারে।

শান্তনু টেলিফোন্দা উকিলগা ঙাঙনৈ।

" উকিল সাহেব। "

" হায়বীয়ু ওজা শান্তনু। "

" গুৱাহাটীদগীনি ঐনা ঙাঙজরিবসি। ৱাফম অমত্তং হঙ্গৎচগে। তেঙবাং অসিমত্তং পীবীরবদি হায়নিঙাই লৈতনা নুংঙাইজগনি। "

" তাকপীয়ু, করি মতাং ওইরবনো? "

" সাহেবকী ক্লাইন্ট শকুন্তলাগী ইমুংদু করি ফিভমদা লৈরিবগে হায়বদু ঐ য়াম্না খঙজনীংঙি। মখোয়গীদা টেলিফোন লৈতবনা মরম ওইরগা পাউফাওনবদা খুদোং চাদ্রে। ৱাফম অমনা মখোয় মপান থোক্লুনা পি.সি.ও. দগী টেলিফোন তৌনবা চৎথোক চৎশিন্দা অকিবা লৈরবনি। পূম্নমকসি সাহেবনা হেন্না খঙবীরিবনি। মরম অদুনা সাহেব ইশামক মখোয়গীদা অমুক্তং লেঙবীরগা অকুপ্পা পাউ অমত্তং পীবীরক্লবদি মপোকসিমগী কাউজরোই। ঐগীসিবু পাখোল ওইনা থোক্লগদ্রা, ৱারৌবীবা য়াদ্রে। "

" ফরে, ওজা ঐ অমুক্তং হোৎনজগে। থম্বীরসি। "

শান্তনু টেলিফোন থল্লে। পাউগীদমক ঙাইঙমদবা হেনগৎলকই। মহাক মপান অমুক থোরক্লে। থাবল মঙান্দা হৈঙম- শিংঙমদনা, মহাক্লুম ইপঙ পঙশিন্না তুমিন তুমিন লৈরিবা চীংশিংদা মহাক মুন্না য়েংঙি। য়াম্না তন্না লেঙলিবা উনাশিংনা মাগী হৈনীংদবদা তেঙবাংলি। চিরবা তানফম অসিদা মরূপ- মপাংশিংদগী পাউতাক খরদি তাফম থোক্তব্রা, মহাক মসিমসু কাউদে। লুরিবদি ফোংনা খন্নবা য়াবা ৱাফম ওইদ্রিবসিনি।

শান্তনু মরকসিদা নীংশিংলকপা অমা লাকই — ককচিংগী য়ূমদা লৈহৌবা মহাক্কী খুরাতোন। মহাক শকুন্তলাখোয়গী য়ূমদা অমুক্তং চৎহনবদি অকায়বা লৈব্রা? লৈতে। অদুদি পাউসিদি করম্মা য়ৌহনখিগনি। খুরাতোনগীসু টেলিফোন লৈতে। মঙোন্দা পি.সি.ও.দগী টেলিফোন তৌবকখিবসি নুমিৎ মঙানি শুবে। চহী অমদা অহুম্লক্কা পাউ চৎনবা খুরাতোন্নি। মহাক্না টেলিফোন তৌবকপা ঙাইরুববদি অঙাওবা তাবগনি। খনবগী কান্নবা লৈ। শান্তনু চিঠি ইরুনবা ফুক হৌগৎলি। গুৱাহাটী- ইম্ফাল চেনবা বস কাউন্তরদা নত্ত্রগা রেলৱে ষ্টেসন্দা ককচিং যৌগদবা মী থিরগা চিঠি পীখ্রগে খল্লকপনি।

শান্তনু ইমুংদা চঙদুনা প্রপ- প্রপ চিঠি ইরম্মী। খুরাতোন্দা হান্ননা মহাক্কী পুক্নীংগী ৱা, শকুন্তলা মমা- মচানা থেংনরিবা শীংনবা কয়া,

মদুগীদমক মহাক মশানা লৌখিবা থৌদাং পুম্নমক শুগায়না হায়রম্লবনি। চিঠি ইরিবসিনা শোয়দনা কান্নবা ফংহনগনি হায়বসি মহাক্কী ৱাখলনি। চেকশিন্না অমসুং য়াম্না হৈ- শিংনা ঈ- পাউ লৌনবা খুরাতোন্দা শান্তনুনা হঞ্জিন হঞ্জিন মেনবা ৱারোল কয়া ইরম্মী।

মথং অযূক ঙন্তা শান্তনু গুৱাহাটী ব্লু হিলস ট্রাবেল এজেন্সি তম্না, অহানবা চাংযেংদা চৎলম্মী। মণিপুরগী লোইজি-লোইযা, খুঙ্গং কযাদগী হেন্দোক্কুনা ভারত অমসুং পৃথিবীগী অচৌবা শহব খুদিংমক্তা মবমদম ককচিংগী মী লৈরমগনি হায়না চাউথোকচরিবা শান্তনুগী থাজবা লেম্না মাঙদে; খুরাতোনগী চান্নববা মরূপ, ককচিংদগী নুপা অমা কাউন্তরমক্তা থেংনরে। শান্তনুনা অহল অদুদা মহাক্কী চিঠি খুরাতোনগী খূৎ শোয়দনা য়ৌহনবীনবা শিন্নরম্মী।

শান্তনু ক্লাস নংনবা ক্বার্টর্সতা অমুক হল্লক্লে। মহাক তূম্ফম কাদা ঙাইহাক তুমিন ফম্লম্মী। আশা চাউনা লৈবা, হোৎনবা কনবা ছাত্র অমনা থৌরী য়ান্দুনা শিখিবগী মরম খঙনীংবনা ঙাওরবা মমা- মপাদা মহাক্না করিমত্তা তাকথোক্তনা লৈরিবসিগী তোঞ্জবা মতৌ খল্লুবদা মপি শিন্থখিবা খঙহৌদে।

# ৯

চৎথোক চৎশিন্দা খুদোংথীবা থোকপা য়াই হায়বগী অকিবনা শকুন্তলাবু থত্তুনা থম্বা ঙল্লক্লে। মহাক্কী কোক্তা চয়েৎনবা ৱাখলনা ঙংদুনা লৈরকপসি নুমিৎ হুম্নি শুরে, পুন্নীংবু য়াম্না লৈতাহন্দ্রে। ঙাইঙমদবগা তাইশিন্নবা য়াবা ৱাফম মহাক খুদক্তা থিনীংলক্লে। মদু ককচিংদা চত্তুনা শান্তনুগী খুরাতোনগা হঙ্গোয়বা লৈতনা খন্নথোক্লুবনা অফবা ওইরগনি হায়না খল্লকখ্রে।

মমানা ককচিংদা চৎলুসি, শান্তনুগী খুরাতোন উনরুসি হায়বদা বালা হরাও হরাও য়ারকই। মহৌশাগী মতমদগী খরা ঙন্তক চাবা থকপা লোইশিন্দুনা পূং মাপল খরা হেল্লকপগা চৎখিনবা মখোয় কন্না থৌরাং তৌরম্মী। ফজবা ফিজেৎ লৈতেং শেত্তুনা, অমনা অমগী অশোয় অঙাম য়েংশিন্নদুনা ঙাইহাক পন্থরিঙৈদা নুপা অমনা গেট হাংনবা কৌরকখিবা তায়। মামতোন্না গেট হাংখ্রে। কনাবু ওইরিগদবা হায়না শকুন্তলানা খল্লম্মী। শান্তনুগী খুরাতোন য়ৌশিল্লক্তুনা মাঙ্গোল কাখৎলকখ্রে। মহাক ইঙক ঙক্লা তহা তহা ওকপা চেন্থোরক্লম্মী।

" খুরাতোন! ওন্থোক্লসু থাজখিদ্রেদা! " শান্তনুনা কৌবা মিংগৌমক্তা শকুন্তলা ইকোই কোইদবা উৎলম্মী।

" হোয়, ইবেম্মা উননীংমনবদগী ঐ অয়ুক ঙন্তা অদুম লাক্লুবনি। "

অহল পন্দনা শকুন্তলাগী তুং ইন্দুনা ইমুং চঙণ্ডি।

শকখঙনবা মী ওইরম্বদুদা মামতোন চৎখ্রে। খুরাতোন সোফাদা ফমথবগা বালাদা য়েংলম্মী।

শকুন্তলানা তাক্লকখি, " ইচানুপীনি, খুরাতোন, বালা কৌই। ঐগীদি লৈজরিবসি অসিমত্তনি। অস! ইমাই- পেম্মা খাজিক্তা ৱাৎপনি লমথৈনরমগদবা। ঐখোয় খুরাতোনখোয়রোমদা চৎনবা থৌরাং লোইরম্লবনি। "

অহল মহাক্লা লাকপগী মরম তম্বা তাকপা হৌরকই। অহানবমক্তা, শান্তনুনা মখোয়গী পাউ হংলক্লি তাবদা মমা- মচা পেঞ্জখি। মখোয় চেকশিন্না লৈনবা ৱারোল কয়া হায়রকপদু অহলনা মথং মথং, চিঠিদা ইরকপা ৱাহে অমত্তবু চিৎথদনা তম্লে। লৈবাক্কী অঙম- অথৌ ফম্নাইবশিংদা তৌবগুম সিফাইশিংনা মখোয়বু গার্দ তৌদ্রবসু লন্নাই পুন্সিদা চেকশিনবগী চাং খম-থেংলে হায়বা য়ারবনি। মাঙগী থৌদোক কয়ানা মখোয়বু ভাব ফজনা তাহনখ্রে। মখোয় মীৎ- না শিংনা লৈগদবনি হায়বসি তাক্লবা চঙদ্রে খল্লি। করি হেন্না তৌনিঙাই লৈরি হায়না হংগদবা মঙায়রে। য়ুম থাদোক্তুনা চেল্লগদ্রা, কদায়দনো লোৎলুগদবা? নুপী ঙাক্তনি, ওইথোকপদা ৱাগনি। অরোইবদা শিরবসু য়ুমদা হায়বা ৱারেপ্তা হেক্তা তারকই। মতম মতমগী লান্দু থেংনবা তারবনি। ফিরেপ অসিদা মমা- মচাগী থৌনা লৈবা ৱাঙাঙ তারুরগা খুরাতোন নুংঙাই, ঙক্তবসু নত্তে। হৌজিক মহাক্কী অৱা পোৎলূম ফনা য়াম্না হন্থখ্রে।

শকুন্তলাগী তিংলবা থম্মোয়, লৌথুপ লৌকোই য়াওদবা ৱাঙাঙ, তপচ-ঈংজবা মীৎয়েংদা মঙ্গলগী মশেক-মঙাল কয়া উবগুম তৌই। মসিমক্তনা মচা শান্তনুগী থম্মোয়বু জয় তৌখিবা ওইরমগনি খল্লম্মী। শকুন্তলাগী ৱাহে খুদিংদা মচানুপীবুসু নুংশিবগী খুদম্না লৈতেংগুম হক্লকপদা খুরাতোন পেল্লি। মতিকসু চাই হায়না লৌই। মরমদি বালাবু লৈশাবী অমা ওইনা শীংথাবদা অতিয়াদগী লীৎখৎখিগনি খল্লম্মী।

মমাগী ইঙ্গিত্তগী বালা চাকশঙদা চান- থক্লবা লাঙবা চঙখ্রে। তাঞ্জাসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা শকুন্তলানা পুক্লীংগী ৱরোল পূম্নমক মথং

মথং খুরাতোন্দা ফোঙদোক্লম্মী। মদুদা শান্তনুনা পুখৎলকখিবা ব্রাফমগী মতাংদনা মপূং ওইরি। পুন্সিসিদদি ওইথোক্লরোইদবনি হায়বা অচেৎপা ব্রাফম শকুন্তলানা হন্না হন্না থল্লকখি। লিনসু শিনবা, চৈশুসু তেক্তনবা, অচেৎপা মরী তৎনদনবা মহাক ফিরেপ অসি লৌরকপনি হায়বা চেকশিন্না অহন্দা খঙহল্লম্মী। পুখৎলক্লিবা ব্রাফমসি মুন্না খন্থবীরগা য়াম্না থুনা গুব্রাহাটীদা চৎপীদুনা শান্তনুগা ব্রারী শান্নবীরুনবা কন্না তকশিনখ্রে। য়ারবদি লুহোংবগী মতম ফাওবা লেপথোকপীরক্লো হায়জখি।

খুরাতোন শকুন্তলাগী ব্রাফম পূম্নমক মুন্না তায়, য়ানীংবসু উৎলি। নুমিৎ নীনি- হুম্নিগী মনুংদা শোয়দনা মহাক গুব্রাহাটী চৎলগনি হায়বা খঙহল্লক্লে।

খুরাতোন চাবা- থকপা লোইবগা ককচিংদা হনখ্রে।

ঙসি মমা- মচানা অয়ুক ঙন্তাদগী লাঙখিবা শাজেন- শাহুম অরেম্বদা তাখিদে হায়বসি মখোয় অনীমক্কী থম্মোয়দা ফাওরম্মী। ফজরবা ফিজেৎ লৈতেং হোংদোকপদা নীংঙমদবা লৈতে। অসুম পোৎ-চৈ লোইশিল্লিঙৈদা মামতোন্না নুপা অমা পুশিল্লকই। শকুন্তলানা থোক্তুনা য়েংলুবদা মখোয়গী কেশ তৌবীরিবা উকিল ওইরম্লে। উকিলদু মহাক্না লাকপগী মরম জীরী জীরী হায়থরকই। শান্তনুনা মখোয়গী ফিভম খঙনীংবদু তল্লকখি। করিগুম্বা থোইদোকপা হায়নীংবা পাউ লৈরবদি টেলিফোন্দগী খঙহনখ্রগে হায়না নীংশিংবগা লোয়ননা চৎনবা হৌগৎলকই, মথৌ চিনমনবনা কুইনা ফম্নীংবগী ব্রাখল উদে। অদুবু শকুন্তলানা চাখক্তদি থকপীখো হায়জবদগী মহাক অমুক ফমথবদা তারে। বালা চাকশঙদা চাগী থৌরাং তৌবি। মখোয় যাম্না চেকশিন্না লৈরি, থোইদোকপা অকি- অখং থৌদোক মরকসিদা লৈতে হায়না শেংনা শকুন্তলানা পাউদম্লকপদা উকিল নুংঙাইবা উৎলকখি।

শকুন্তলা তাঞ্জা লৌদুনা উকিলদা হংঙি,“ তামো, কোর্তকী মতাংদুবু কদায় য়ৌখ্রবগে? ”

উকিলনা খুম্মী, “ সাক্ষী অমদি বাদি বিবাদি অনীগী জাবান জজনা তানীংবদগী তারীখ অমা লেপথোকপগী ব্রাফম লাক্লে। ইবেম্মসু নোংমদি

কোর্ত য়ৌদবা য়ারোইদৌরিমাল্লে। ফিভমসি ঐনা ওজা শান্তনুদা নহান টেলিফোন্দগী খঙহনলুবদা ইবেম্মখোয় কোর্ত য়ৌদনবা য়ারিবমখৈ হোৎনসি হায়রকই। মরম অদুনা জজগী ব্রাখন্দু থৈদোক্লুবা ঐনা কন্না হোৎনজরি। ইয়ামক য়াদবা মতাং লাক্লবদি ঐ ইবেম্মদা পাউ পীজরক্কে। কোর্তকী সমনসু লাক্কনি। ”

“ তামোবু থাগৎচরি। ফী অমদি অতৈ খরচকী মতাংদুদি ইনীং নীংশিংবীরকখিদ্রে, খঙজবা য়াগদ্রা? ”

“ এ, মদু সুম তৌবনি, ” উকিল শমজিল্লকখি, “ ওজা শান্তনুগা লেপ্নবা অমা লৈজখ্রে। করিগুম্বা মতম লাকপদা মহাক্না ইবেম্মদা শোয়দনা খঙহল্লক্কনি। অদুদি ইবেম্মা, কোন্না অমুক খন্নরসি নবুং য়ৌজখ্রগে। ”

বালানা পীরম্বা চা উকিল খরা থুরপ থক্লম্মী। মহাক হৌগৎলক্লে।

“ তামো, য়ৌবীরসি। ঐখোয় তেক্ত- কায়দনা লৈ হায়বদু ওজা শান্তনুদা তম্বীখ্রো। ” থিন্দোরকপী শকুন্তলানা হায়।

উকিল য়াম্না থুনা থোঙ্গাল ব্রাংমা লানখ্রে। শকুন্তলা মখোঙ তপ্না তপ্না থাংদুনা ইমুংদা চঙলক্লম্মী। মহাক মশা ইপৎ- পৎথনা উই। শজিবুগী নুংশানা য়ৈহৎপদগী নত্তে। পুক্নীংগী চনৈনবা ময়াম্না নৈহৎপীরবনি। মহাক হিপফমদা শিৎ তিংথোক্তুনা ব্রাখল তৌরম্মী।

— ‘ চিঠি অনী শান্তনুদা থাখ্রে। কনাগীনা হান্না থুংলুগদৌরি? শান্তনুগী খুরাতোন্না হয়েংমক চৎলবদি গুৱাহাটী য়ৌবসি মহাক্না চিঠি অনীদুদগী হানবসু য়াই। অহল অদুনা কদায় ফাওবা শান্তনুগী ব্রাখল হোংহনবা ঙমগনি? ঐগী ফিরেপ্পুদি মহাক্না ময়েক শেংনা তম্লুরগনি খল্লি। লুহোংবগী কৈথেন্দা ঐখোয়গুম্বীসিবু অয়োনপোৎ ওইবা য়ারিব্রা? ইচাদি অরৈবশিংগী মীৎয়েং চিংশনবা মতম্লি , মমল য়াম্না কারি। মসিদা শান্তনুগী মিৎনা উরিবসিবু করিনো? মচানুপীগা লেপ মান্নরবী মৌ অমা লুহোংলগা য়ূম্বান্দুনা মহাক্না তানগদৌরিবা ফিদমসিবু করিনো? ঐঙোন্দা মহাক্না করিগুম্বা মতমদা ব্রাহৈ কারল চনখিবা নত্ত্রগা চীন পুৎথখিবা লৈবসু নত্তে। অঙাওবা ব্রাখল নত্ত্রা? অঙাওবা ব্রাখলবু শৌগৎপা অশিংবা থবক ওইরিব্রা? মহাক মহৈ মশিং য়োকখৎপা মীশক্লি। ইচানুপী হৌজিক্তা য়ং য়ং মহৈ

তমজরিবীনি। লুহোংবগী ব্রাফম পুশিল্লকপনা মাগী লাইরিক তম্বগী ঈচেন্দা পল চাউনা থিংগদৌরিবনি; মদু অচৌবা খুরৌনি। য়েখাই- থিনগাই পুন্নমকসিগী দায়িত্ব কনানা পুফম থোক্লি? অফবা ওজাদি মীপূম খুদিংমকপু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবনি। মশাগী অপাম্বা অমসুং ওইজবা য়েংদুনা মীৎ তাওশিন্নগদবা নত্তে। মরম অদুদগী মীয়াম মরক্তগী অথোইবা মীশক ওইনা খন্দোক্লগা, ইকাই খুম্নবা উত্তুনা ওজাবু যুগ কয়াদগী ফিদা চাউনা পীদুনা লাক্লিবনি। শান্তনুগী পুক্নীং ব্রাখলসু মফম শ্বাইদা খোঙফম চেৎনা লেপ্লন্ফম থোকপনি। মরম অদুনা বালাগী নুংশি ইঙ্গিৎপু মহাক্না উশিন্নদবনি; থওইদনিঙাইদি লৈত্রে।

শেংনা হায়রবদা পুকচেল চেৎপা, মশাগী পান্দম ফংবনা লাইনীং ওইবা মীওই কাঙলূপ্তা চনবা শান্তনুনি। মসিদা মহাক্কী থাক, ব্রাখল অমসুং ফিভম্নসু মীচং ওইরি। মখোয় মীয়াম্না পান্নদবা থবক-থৌওংদা খোঙ থাংজিল্লোই। ইজ্জৎ- সনমান, অফবা অমসুং অচুম্বদগী নাথৈদুনা তোখাই তাগে খনফম থোকপ্রা? শান্তনু তাইশিন্নবা য়াদবা মীসু ওইরোই। মহাক অহল ওইশিল্লক্লবা মখুরাগী ব্রা তাগনি। মতাং অসিদা ঐ অমাঙ- অতোং থিখিগদ্রা? মতম কুইনা ঐনা ইচানুপীগীদমক শাগৎচখিবা মঙলান্দি ওন্ন-তৈননা মঙফাওনহনবদা তারব্রা? নুপা- নুপী অনীমক শক্লা থমজরিবী, তাঙনা অমত্তং লৈজবী ইচাবু ঙস্তা শেৎনবা তারিব্রা? নিঙোন্নি হায়দুনসু ইদোম তরক তরক মানা লংথোক্লম্বা ঙমগদৌরিব্রা? মীওইবদি মচাদগী মশুনা হেন্না লূম্না লৌই হায়নরিবনি। মতম অদু য়ৌরকপদা ঐনা নাইতোম লৈররোই হায়রুনবা ঐগী থৌনাসি কদায়দনো? বালানা করিগুম্বা শান্তনুগী অহানবা থৌরাং খঙখিবা থোক্লবা, শান্তনুনা ফনা য়াম্না চমথোক্লবা হোৎনরবসু চিংনবা অমসুং হঙ্গোইবগী নুংশিৎ অমদি ইমুংদুদা নৈশিন্দুনা লৈবগনি। মদুগী ইকাই-মৈশা কনানা মুথৎপীগনি, নত্ত্রগা করম্না খাঙগনি? ফিভম অদু য়েংলগা ঐসি নাইতোম পন্সি অম। লেনবা তারি। মচাগী য়াইফন্নবা মমানা অদুগুম্বা থবক কবিগী তৌবা ঙম্লেইদগে?'

মখল মথেল ল্যা, হঞ্জিন-হঞ্জিন, মতম কুইনা খল্লবা ভুংদা মহাক হৌগৎলকখি। মহাক হৌজিক টি.ভি. য়েংদুনা ফল্লিবী মচাগী নাঙা লাকে।

ঙসি শান্তনুনা মখোয়গীদমক কয়ামুক য়াম্না খনবীরিবগে হায়বদু লাকপীরম্বা নুপা অনীনা সাক্ষী পীরে। বালাগী মায়থোং থোইনা মক্তে, ৱাঙাঙ শঙাঙ তয়াং- তশোই। মহাক শান্তনুগী ৱাখন্দা অদুম লূপ্তুনা লৈরে। তূম্বদা, চাবদা কাউদ্রবীনি। খঙহৌদনা হোংলক্লিবা মচাগী মতৌসি উরগা শকুন্তলা স্বর ফুনগৎলি, ৱাবনা পোৎথাফম খঙদে। হাযফম তৌফম খঙদনা লোন্না লোন্না কপ্লম্মী।

টি.ভি য়েংদুনা মমা- মচা ফম্মিন্নরকপা পূংমুক ফারে।

মমানা হায়, "ওজা শান্তনুনা ঐখোয়গীদমক ৱাবীরিবা ময়ামসি য়েংঙু।"

বালা নোকফেৎ মমাদা ওনশিল্লকখি। থম্মোয়নুংদা য়ৈরবা নুংঙাইবগী ঈনোৎ মায়থোংদা হাইগৎলকই। শকুন্তলাদি মদুগী ওন্নবা শক্তম্নি।

" মহাক অফবা মীনি হায়বা ইমানা হেন্না খঙঙি। " বালা ৱারীদু চৎথনীংলিবনি।

" মসি ঐনা হেঞ্জিন্না থাগৎপা নত্তে, মহাকপু খঙবা মী খুদিংমক্না হায়গনি। অসুক লেমজবা, মশাদা অৱাৎপা লৈত্রবা, অফবা গুণ কয়ানা লৈতেংলবা মীশক অমনা হৌজিক ফাওবা লুহোংলমদ্রিবসিসু অঙকপনি।"

" ঐসু ঙক্লিবনি।"

" তৌবদি ইবেম্মা, মথৌ চিনমনবা, তাঞ্জা থোক্তবা নত্রগা অপাম্বা লৈতবা হায়বসিমসু লুরিবনি। হৌজিক মহাক পাখং শরিগী শীংদা চল্লকপতা ঙাইরি। চহীদা য়েংলুরবদি ঐখোয়গী লেংগাবু ওইরমগনি। মঙোন্দগী হনবা পাখং ময়াম অমা ঐখোয় লৈকাইসিদসু লৈরিবসিদি।"

" ইস! ইমাগী লেংগা...!" বালা নোক্লম্মী, কাউবদগীনি।

" ঐবু হনুবীরো? চহী কয়া শুরম্লগনি খল্লিবা? নহান ঐখোয় অনী ইমান্নবী অমা লুহোংবা চৎলুবদু কাউরব্রো?"

" অদুগী ৱাদি কন্যা অদুদগী ইমানবু য়াম্না হেন্না অঙাং মাল্লিদা।"

" ঙাইখো, অদু নঙ ওজা শান্তনুদা করি হায়খ্রে? " শকুন্তলা খংলাম লান্নকপনি, ৱাহংদা থৱায়সু য়াওশিল্লি।

" করিনো ইমা; নঙদি করি হায়খ্রবগে? মাবু নুংশিকা হায়খ্রবা

জাৎলা? ”

“ অঙাং! করি ফাগিনো? মতা ইচা চাদনা। ”

মমা মচাদু শাংথনদি নোকহনবা ঙমদে। বালা শোয়খ্রে খন্দুনা মরু লুকথৈ। শকুন্তলাগী থম্মোয়নুংদা ইকাইজবনা নৈখাযবকপদু মাযথোংদসু মমি ফাওরকই, মদু মহাক্না খুমজিন্দুনা থন্বা ঙমখিদ্রে। ফাগি ব্রাহংসি মমাঙদসু তাখ্রবনি, মমা শাউনীংলে।

“ ঐখোয়না মহাকপু য়াম্না নক্লবা মরী- মতা অমগুম নুংশিফম, লুনা- চান্না তৌফম থোকই। ” বালাগীসি তাইশিন্নবা ব্রাফম থিরকপনি, “ য়েংবীয়ু, ইমাবুতা নত্তনা ঐবুসু কনবীবে। ঐখোয়গীদমক্তদি মহাক ঈশ্বরনা থাবকপা মীনি। মহাক্কী লমনবু করম্না শিংগনি, মসি খরা খন্নফম থোকপনি। ”

“ করিগী খন্নরোই। পুন্সিদা তৎনবা য়াদ্রবা মরী অমা থম্ফম থোক্লবনি। ”

হন্দক্তি বালা ইকাইবা খাঙবদা চীনবান লেঙলি। তপ্নদি হংলকখি,“ করি মরীনো ইমানা পাম্বীরিবা? মহাক্কী পুক্নীংগী ব্রা খঙবীবা লৈব্রা? ”

“ মহাক ঐখোয়গী য়াইফনবা খনবা মীশক্লি হায়বসিদগী হেনবা করি খঙলুবা ঙমগনি, মতম শাংনা লোয়নরকপসু নত্ত্রি। ”

“ ইমাগী ব্রাফম চুম্মী। মহাক্কী মরমদা ঐখোয় ইখঙ খঙদ্রিবনি। ”

বালা হৌগত্তুনা মপান থোকখ্রে। মশাবু ব্রারীসিদা অফা- অপুন নংগদবা মানশিল্লক্নে, মদুদগী কোমথোকচনবা হোৎনবা মাল্লি। মহাক ইমুংদা অমুক চঙলকখিদ্রে, হৈখোঙ-লৈখোঙ উরুমদা কোয়দুনা লৈখ্রে। শকুন্তলাসু মথন্তা টি.ভি. প্রোগ্রাম য়েংবদা পুক্নীং চঙলক্তবদগী মাঙ্গোন্দা থোক্তুনা ফল্লম্মী।

শকুন্তলা অসুম খল্লকপা মতাং অমদা মচীন্দা শোল্লি — ‘ হে ঈশ্বর! করিনো তৌগদবসি। ঐনা হায়জখিবশিংদু শাস্তনুনা তাবীরবদি ওম্থোক্না নুংঙাইজখ্রনিদা। নুপী ওইবীশিংগী মপুরোইবা অমদগী হেন্দবা হায়বা ধর্ম্ম অদু ঐনা ঙাকচনবা হোৎনবদা মহাক্না হন্না হন্না খোই মহুমদা চৈনা থিল্লক্ত্রবদি ফখ্রনিদা। মদুমক্তি তৌরক্কদবা মান্দে। অদুবু,

লুরিবদি, খোঙফম হন্দোকপদা ইকাইবা নংবদগী ইচানুপীগী আশাগী মায়োক্তা লৈখ্রবদি করি থোক্কনি? ইচা নুপী অঙাং ওইনা নীংবা কায়রগনি। মদুগী মথক্তা শান্তনুগা লাপথোক্লবা হায়বসি ঐখোয়গী ওইরক্লিবা ফিভমসিদা অচৌবা অমাঙবনি। খুরাতোন্না মহাকপু থেম্বা ঙল্লবদি ঐনা ইকাইবা হন্দোক্কুনা ব্রারী তৌজরুবা অমসুং পাউমেঞ্জরুবগী কান্নবা ফংলবনি। শান্তনুনা করিগুম্বা খুরাতোন্না পুখৎলুবা ব্রাফম ফ্রং কম্হোকখ্রবদি ইচানুপীনা হৌজিকমক হংলকখিবা ব্রাহংদু ঐ তোয়না তোয়না তাদুনা লৈগদৌরি। ঐ ইচানুপীগী মফমদা ইকাইবা নংবদা য়াম্না নকশিল্লক্লি। '

মরোল- মরোল অসুম খল্লম্বদগী শকুন্তলা হৌগৎলক্লে। মহাক মচানা লৈখোঙ ঈশিং চাইবদু য়াওরম্মী।

বালা খল্লম্বা ব্রাখল শমথরক্তুনা মমাদা হংলকখি, " ইমা, ককচিংসিবু কয়া লাপ্লগে? "

মমানা খুম্মী," বসতা চৎলবদি পূং অমা মখায়রোম চঙঙি। "

" লমদমদুগী মী ফৈ হায়নৈ, চুম্ব্রা, ইমা? "

" হোয়, ময়াম্না ঙাঙনবদু ঐসু তারে। ঐনা খঙবদা মখোয় শূবা- নোম্বদি য়াম্না কল্লি, মীপান তাংদনবা হোৎনৈ। পুকচেল-খোইজেল, মীয়োক- মীচানগী মতাংদদি ওজা শান্তনু নত্তনা লমদমদুগী মীশক অমত্তগা মমাঙথক্তা খঙন- তিন্নরুবা লৈখিদ্রিবনিনা, মদু কদায়ফাওবা চুম্বনো হায়বা ঙমদে। ঐগী ব্রাখন্দা, অহানবা থেংনরুবা মীশক শান্তনুগী ব্রাখল পুকচেল য়েংলবদি অতৈসু ফরম্ফম থোকই। "

" ইমাদি মফমদুদা কয়ারক চৎলুরবগে? "

" নহান নোংমা চৎলুবদুনা অহানবনি। শহরগী শক্তমদা চঙশিল্লক্লিবা ককচিংগী অকোয়বদা লৌবুক মরাং কায়না লৈ। লমলেমদি ইউ উদে। খুল্লক ফাওদুনা চেল্লিবা সেকমাই তুরেলগী কান্নবা খঙনা, মঙোন্দা ভক্তি উত্তুনা তরু তনান থম্মি। য়েংখিবা মায়কৈ অহুম্মক্তা কোযশিল্লিবা চীংখোঙ- চীংয়া লেম্না মাঙহন্দে। চু, পোং হব্রাই, লফোই, মঙ্গ্রা, পান- মাইরেলনচিংবগী ইশ্মোল কোইবতা নত্তনা তসর য়োকখত্তুনা সেরিকলচর পায়খৎনৈ। হৈনৌ পাম্বী কয়া থাদুনা সেরিকলচর অমসুং

হোর্টিকলচরগী ফার্ম শেম্লে। চিংজিন্দা ফৌগী লৌবুক ওইখিবশিংদু ঐনা চৎলুবা ফাইরেন- লমদাগী মতমদদি হঙ্গাম মপান্না পূমঙান ঙাল্লম্লে। মবক মরক্তা তোঙান তোঙানবা মখলগী মনা- মশীং মতমগা চানবা য়েংদুনা থানৈ। তলব চাউনা চাউনা চাবা ওফিসরশিংফাওবা ছুটি নুমিৎশিংদা লৌবুক্কী থবক শূনৈ। মখোয়না অদুম্না লৈখোম-লৈনাং মবক্তা, অমোৎঅকাযগী হঙ্গোয়বা লৈতনা, থবক শুবদগী সাধাবন লৌমীশিংবু পুক্লীং য়াম্না থৌগৎলি। সমাজদা অনেম অৱাং লৈহন্দবগী যূম্ফম থোল্লিবনি। মদুগী খুদমদি, ঐনা ওজা শান্তনু উনবা চৎপদা য়ূমদা লৈরমদে, লৌসী হাযবা লৌকোন্দুদা উফুল- ৱাইফুল মরক্তা আলু মখোঙ শোমদুনা লৈরম্মী। ”

“ লৌমী- শিন্মী পূম্নমক মখোয়গুম শূনরিবা ঙাক্তনি, ইমা। ”

“ মদু চীনগী ৱানি। মতমসিদা হুমাং তানা শূনীংবসি লৈশিল্লক্রে হায়না লাউনরিবসিনি। শূ-নোমদ্রবদি চারোইদৌরিবনি। থবক চিলহাও থিদনা অশেংবা হুমাংমন চানবা হোৎনবা মীশীং কয়া য়াম্না শহরসিদা উরিবগে? লেম্না শেল ফংনীংবা, মশাগীতা য়েংবা মশীং য়ামশিল্লকপদগী থেংনরিবা অৱাবা থৌদোক ময়ামসিনি। ”

“ মসিগী দায়িত্ব কনানা পুফম থোক্লিবগে? ময়াম্নদি সরকার ঙাক্তদা তাইনরি। ”

“ প্রজাদা তাইনগদবনি। করিগীনো মখোয়দি পুকচেল মকপা মী খন- খন্দুনা সরকারগী ভার শিন্নরিবসি। ”

“ অঙম অঙম্বা শেত্তুনা চানবা, অকনবনা অশোনবশিংবু তুহৎপীবা, অৱৈবনা লৈতবশিংবু নৈহৎপা, অচুম্বা বিচার ফংদ্রবা লৈবাক, অতোংবদা লৈথোনবা লমদম অসিগী মীওইশিংগী থম্মোয়দা থীনা তীল চঙলবনি। ”

শকুন্তলা মখোয় মশাগী পুন্সিরোমদা লৈথরকই,“ ঐখোয়বু কনবীনবা, ঙাকপী শেনবীনবা সরকারগী অঙম- অথৌশিংদগী আশা তৌরুনিঙাই লৈরোই। ঐখোয়গীদি অততাই মী খন্দোক্তুনা চঙজফম . লৌগদবনি। ”

মমাগী ৱাফমসি মখোয়গীদমক লেপ্পিগদবা মরী- মতা থম্বা

তঙাইফদ্রে হায়বনি, বালা ফজনা ভাব তাই। মহাক্কী পুক্নীংগী অরোনবা ৱাফমসিদা মমানা শোয়দনা শৌগৎলগনি খন্দুনা মহাক নোকফেৎ য়েংলকখি। মচাগী ৱাখল খঙবী শকুন্তলা অৱাবনা নল্লে। মসিগী তুংদা মখোয় অনী মথৌদা পুক্নীং লূপ্নখিবনা ৱারী লেপখ্রে। ৱাওথাংনবা অতিয়াবু শেংদোক্লবা শিৎলকখিবা নুংশিৎনা হুল্লকপদা পেরেদগী হাইদোরকপা ঈশিংনা মফি- মরোল ঈচোৎ চোৎহল্লবা বালাগী মতৌ মমানা য়েংঙি। ইনখৎলক্লিবী মচাগী মূর্তি উবদা শকুন্তলা চাউথোকচৈ। মচাগী ফজবসিবু শান্তনুনা করিগী থওইবীদ্রিবনো খল্লুরগা মহাক শাউনীংবসু পোকই। শান্তনুগী অঙাওবা ৱাখল নোংমা হোংলকখিগনি খন্না মহাক পুক্নীংগী ওলাংবা ফাথরম্মী। মতমসিদা যূম্বানবগী, ইমুং মনুংগী, হিংনবা হোৎনবদা মীয়াম্না ৱানরিবসি মহাক্কী ৱাখল পরেংদা চঙলকখি।

" ইবেম্মা, অহল- লমন অমসুং নখোয় বাবানা থম্বীরম্বা সম্পতি, লন- থুমগী মপান্না ঐখোয় ঙসিফাওবা মীমাঙদা খূৎ তিংথোক্লুদ্রি। ঐখোয়না ফমজাদা হৌজিকফাও লেনবা ঙল্লিবসি মখোয়গী হুমাংমন্নি, ঐখোয়গী পাঙ্গল শরুক করিসু য়াওবা নত্তে। মসিমক্তি ইকাইনিঙাই মশক্নি। নঙ ঐগী পুন্সিসিমদি লৈরিবা মাল- চাংশিংসি কায়থোক- কায়থোক্তুনা চারবসু লোইররোই হায়দুনা থবক অমত্তা তৌদনা অসুম লৈথোকপসি মীনসু নোক্লরমগনি। ঐ শেল থোক্কদবা , লৈজদবা মী খরদসু কান্নগদবা, মদুনা মীয়ামগা তত্তনা তিন্ন-তোৎনবগী নুংঙাইবসু ফংগদবা থবক অমা পায়খৎলগে খল্লকপা কুইরে। "

" করি থবক্লো ইমা? " বালা মরক থত্তুনা হংঙি।

" হৌজিক্তা ঐখোয়না সরকারগী থবক তৌরুগদবসু লৈত্রবনিনা, ইশানা ইশাবু থবক পীজবা লম্বীদু য়েংবা তারবনি। শূফম-নোম্ফম লৈতবা লৈকায় নুপী খরগা অচা- অথক শেম্বগী সোসাইটি শেমদুনা ঐখোয়গীসিদা অচৌবা শঙশাং অমা শারগা থবক পায়খৎসি হায়না মী খরদি খন্নবা হৌখ্রবনি। হিরম অদুদা ট্রেনীং চৎলুরবী, মতিক চানা লাইরিক হৈবী কয়া শেল পুথোক্লবা লৈতবদগী ককঙাওনরি। ঐগী একাউন্তা লৈরিবা শেলফমগী তঙ্খায় অমনা হায়বদি লূপা লাখ অনীগুম্বনদি থবক্তু হৌবা

য়াগনি হায়। ময়ামগীদমক ঐনা মদু পুথোক্লগে খল্লিবনি। ”

বালা মমাগী ব্রাখলবু কন্না শৌগৎলি, “ ইমাগীদু য়াম্না ফবা থবক্নি। ঐখোয় মী খরদা তেঙবাংবা ঙম্বগী নুংঙাইবা ফংগনি। ”

“ অদুবু বালা,” শকুন্তলা মায়থোং লাংশিল্লপ হায়, “ ফিভমসিদা মপাদি ওইররোই। মবমদি য়েংঙু, চেস্থোক- চেনশিন, শীন- লাঙবগী থবক তৌগদবা ঐগী খোঙ- খূৎ পুল্লে। অদুগী মথক্তা ...। ”

“ অকুবা ব্রাফম করি লৈরবগে? ”

শকুন্তলা লকক মচাদা যেংলম্মী, অদুগা মখা তাই, “ লুবিবদি, নঙগী লাইরিক- লাইশু তম্বদা অকাযবা থোক্লক্কদৌরিব্রা হাযবনসু বুদ্ধিসি খরদি ফকচিলহল্লে। ”

“ ময়াম্না থবক শূগদবনি, ঐনা য়াওরুগদবসু নত্তে। ”

“ অদুগী ব্রা নত্তেদা, মরম লৈরি ইবেম্মা। ”

বালা মমায় ঙাঙতক লুকথখি। মহাক মখা অমুক তাখিদ্রে। অচোৎপা ফি হোংদোকপা ইমুংদা চঙখিরম্মী।

# ১০

শকুন্তলানা য়াম্না থুনা চিঠিগী পাউখুম পীবক্কনি খন্না শান্তনুনা খৌরাংনা ঙাইহ্খিবদু ইথুং থুংলদ্রে। লাকহন্নীংদবা ইরাই নুমিৎকী পূংফমদি যৌশিল্লকপনা হাল্লি। উকিল সাহেবনা ইম্ফালদগী পীরকখিবা, মমা- মচা যৈখাই- থিনগাই য়াওদনা ঈংনা লৈরি হায়বা পাউনা মহাক্কী হৈনীংদবা নমথবা ঙমখিদে। খঙহৌদনা মঙোন্দা চুরবা তীল্লাইখোম্বী কোকহন্নবা উপায় থিবদা পূংফম অদুবুসু তরাম্না ওকপা তাথ্রবনি।

শান্তনু হায়নখিবা মতম চপ চানা জূ-গেট থুংখি। মহাকপু ঙাইরমগদবা মী চৎলি- লাঙলিবা ময়াম মরক্তুদা য়াওদবা মাল্লি, কনানসু য়েংলক্তে। মহাক ওলাঙবা খাঙদুনা , ব্রেটিং শেদতা পেপসী অমা থক্তুনা ফল্লম্মী।

মিনিট তরাদগী কুন, কুন্দগী পূংখায়, অসুম ঙাই। কাইনথংদা মী অনী মঙোন্দা য়েংদুনা চঙশিল্লক্লে। মখোয়গী মশক মৈতৈ মাল্লি হায়না শান্তনুনা খনখিবদু চুম্মী, মৈতৈলোন ঙাঙনৈ।

মাঙ থাবদুনা হায়রকই," ঐখোয় ওজাবু কৌবা লাকপনি, চৎলসি।"

শান্তনু হং-খোৎপা অমত্তা তৌদনা মখোয় অনীগী তূং অদুম ইল্লম্মী। খোঙকাপ চনীরোম চৎলগা সড়ক মপান্দা থাবা মারুটী জেন

অশংবা অমদা মখোয় কাখৎলে। মনীং সিটতা শান্তনুবু পাখং অনীগী ময়ায়দা ফমহল্লম্মী।

মাঙদা দ্রাইবরগা ফম্মিন্নরিবা মকোই কক্তবা নুপাদুনা হায়খি, "চুমদ্রিং থৌ।"

শান্তনু মপুক্নীংদা য়ানীংদে, চিংনবা হেল্লক্লে —'কদোমদনো মখোয়না পুগদৌবিবসি? ফরে, চৎনীংবা মফমদা চৎলসনু। ঙসিদি অবোইবা ব্রাফম ঙাঙনরগে। অসুক নুংঙাইতবা লাইমন অমা পুবগা লৈবা হৌনদে। লাঞ্জদবা মী অমদা মরাল হেক্তা শিজিনবা য়াব্রা, মখোযসু মীনি। লৈবাক মীয়ামগীদমক মখোয় অৱাবা খাঙলি, মমল য়াল্লবা পুন্সি কৎলি হায়না চাউথোকচরিবনি। মরম চাদনা মীঙোন্দা অৱাবা, খুদোংথীবা নংহনবা হায়বসি মখোয়গী চৎনরোল ওইরোই। অচুম- অরান, থকসি- খাসি ঙাক্লা চৎপা কাঙলুপ মাল্লি, অশাবা ওইরোই, মরমদি অশেংবা তৌদবা খূৎনেক ওইরবদি থেংনবা মফমদা দণ্ডি পীনবা হোৎনরক্কনি। নম্ফু- হাফুদা হালেঙদবা, প্রজাগী থাজবা মাঙহনবা লালহৌলূপ্পা করম্না মায় পাকপা ঙমগনি? মসি মখোয় তত্তনা নীঙশিংলিবনি।'

কারদু য়াম্না য়াঙনা, ময়ামদগী মথং মথং হেনগত্তুনা নোংপোক পাংনা থৌগৎলকখি। শান্তনুগী ব্রাখল মখা চৎথৈ —'অদু হায়দুনসু মরাল লৈজদবা মীওই কয়া চৈরোক ফংনখ্রে। পুন্সি মাঙনখ্রিবসি কয়ানো? ষনশি মনাক্তা লেপ্পুবশিংগী প্রায়চ্ছিৎ শিবনা ওইখিবা তোয়না উনরে, মদুগী বিচার কনানা তৌবীখ্রে? ব্রাকৎ তাবীনবা মীবু কনা লৈরি? ঐগী থবক্তু খুদোংথীবদা তারবা, কনা লৈজদ্রবশিংবু তেঙবাংলুবনি। কনাবুসু মাঙহন- তাকহন্নবা থৌরাংনি হায়বা য়ারোই। ব্রাখল লৈবা মী খুদিংমক্লা থাগৎফম থোকপনি। তশেংনা মখোয়না ঐগী অশেংবা ব্রা তাবীরবা, অফ- ফত্তগী খল ফজনা ওনবীরবা, ঐবু মী অমা ওইনা ব্যবহার তৌবীফম থোকই। সত্য, ঙসিসি মখোয়গী দায়িত্ব পূবা লুচিংবা অমত্তং উনবা ফংলবদি ওহ্মোক্লা নুংঙাইজখ্রনিদা। ব্রারোইশিন পুরক্কদৌরিবা বুদ্ধিসি নুপা অদুগীনি, ঐগীদি অশেংবা ব্রা তম্বদগী করি হেন্না হায়জনিঙাই লৈরি।'

কারদু গুৱাহাটী সিটিগী ঙমখৈ লাম্থোরক্লে, মেঘালয় বোর্দর

লানশিল্লক্লবনি। গাড়ী থাউ হানফম অমা য়ৌরকপদা কার খাল্লম্মী।

মকোই চোম্বা নুপাদুনা হায়রকখি, " ঐখোয় ঙাইহাক কূমথখিসি।"

কারদগী মখোয় লোইনা কূমথরে, য়াম্না থুনা মপান- ইপান থোক্তুনা কোফি লেপথক থক্লম্মী। খঙহৌদনা অকনবা নোং- নুংশিৎ লাকপা হৌরকপদগী য়ূম, হোটেল অমসুং দুকানশিংগী মপান্দা নক্তগা সড়ক মচি ময়াদা লেপ্লম্বা মী পূম্নমক চঙজফম থিনরি। মখোয় মঙাসু নুংশিৎকা ময়োক্লনা তহা- তহা কারদা কাখৎলম্মী, অদুগা হায়নবা নাইদনা হান্নগী ফমফমদু হোংনদে। অদুবু শান্তনু হন্দক্তি খরা কোম্না অমসুং নুংঙাইনা ফম্বা য়াবগুম তৌই। মিনট তরারোম থৌরবা তুংদা অশংবা কারদু সনত্রো অমনা শিল্লে হায়বা মহাক খঙলকখি, চিংনবা খংহেন হেনগৎলক্লে।

" ঐখোয় কদায়দনো চৎকদৌরিবা? " শান্তনুনা হংঙি।

মাঙদগী খুম্লকই," য়ৌগদৌরে।"

ব্রা মখা তানদে, তুমিন তুমিন ফনা শাংনা লাকখ্রে। হৌজিক শান্তনু নৌনা পুক্লীংদা নৈনবা অমুক হৌরে —' ওইনীংবা পার্টি ওইরসনু, ঐঙোন্দা শীরিবা মরাল অসিগী মরীদা মখোয়না পায়খৎলিবা থবকসিমক্তি মতম চঙবা অমসুং খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লবগী মথক্তা শেল- থুম য়াম্নসু তিংবা থৌরাংনি। ইরায় লায়থোকপা য়ারোইদৌরি।'

শিল্লোংগী মীনিলখোল ফংলে। বাড়াপানী লাম্থোক্তুনা টাউন মনুংদা চঙলক্লে। লম্বীদা অনীরক পুলিসনা চেক তৌরকখ্রবনি, কাঙবুদু করিসু ম্নিপাইবা উদে। মখোয় হোটেল অমগী মমাঙদা, অপিকপা সড়কী মপান্দা কার খাল্লগা কূমথরম্মী। হৌজিক চাক চাগদৌরি। মখোয়গী নীংঙাইদবা মতৌদা পম্থুং য়ৌরে খন্দুনা শান্তনু হোটেল মনুংদা ময়ামদুগা চঙমিন্নরম্মী।

মখোয়না চারিবদু পূংশীং য়েংবদা নুমিদাংগী চাক্লেন্নি হায়বা শান্তনুনা লেপ্লম্মী। অদুগা, মখা চত্তবা য়াই খল্লুবদুমদি লাল্লে। মখোয় গাড়ীদা য়াম্না থুনা অমুক কাখৎলম্মী। শহরগী মৈঙান্দা, থেক-খোয়রবা লম্বীদা মখোয়গী কার থৌরকখি। পূং অমরোমগী তুংদা কারগী লাইটনা ময়েক শেংনা মাইল-ষ্টোন অমা উহল্লে। হৌজিক মহাকপু থাপ্না শিলচররোমদা পুরি হায়বা খঙলে। বরাক তম্পাক তারমদাই , অপিকপা চীঙশাং অমসুং তময়া লম্বী

চৎলকপা মতমদদি শান্তনু চপ চানা চোকথরে। মখোয়গী কারনা হেনগৎলকখিবসি বসতগী হৌরগা, মখল কয়াগী গাড়ীনি, মশীং থীবা ঙম্লরোই।

অহীং নোংয়াইগী মতমদা মখোয় শিলচর টাউন মনুং চঙলক্লম্মী। খরা মম্বা গোলাই অমা লৈথোরকপগা মাঙদা অফবা নোংমৈ পায়বা পুলিস কাঙবু অমনা গাড়ীশিং থৎলগা চেক তৌবা উরে। ড্রাইবরনা গাড়ী লাপ্তক খাম্মী, মনুংগী লাইট থান্দে।

" সি.আর.পি.নি, অতোপ্পা লম্বী য়েংসি " মকোই চোম্বা নুপাদুনা হায়।

" মনীং হনগে, তুংদা গাড়ী লৈব্রা য়েংউ। " ড্রাইবরনা খঙহল্লকই।

গাড়ী মনীংলোমদা লৈথোকপা হোৎনরিঙৈদা চেনশিল্লকখিবা পুলিস অনীদুনা লাউরকখি," রুকো, রুকো। "

শান্তনুগী ওয় য়েৎতা ফম্বা নুপা অনীদুনা থোঙ হাংদোক- হাংদোক্লা নোংমৈ কাপখ্রে। পুলিসশিংনসু অঙকপা ফংনা কাপশিল্লক্লে। গাড়ী ষ্টার্ট য়াদ্রে। নাকোং য়ৈশিল্লি – দোং দোং, দং দং, দ্রর দ্রর, বদ্রক বদ্রক। পাখৎতবা য়াওরোই।

মাঙগী নুপাদুনা থোঙ হাংদোক্লগা হায়রকই, " ড্রাইবর শোক্লে, য়াররোই ঐখোয় চেল্লসি। "

শান্তনুখোয়না মনীংদা খাম্বা কার অমগী মরুমদা লৈশিনবা মতমদা পুলিস নুপা অনী সড়ক ময়াইমক্তা তুখিবা উই। শান্তনু ইপা পাখৎলি, অদুবু বুদ্ধি মাঙবদি নত্তে। নাকল অনীমক্তগী নোংমৈ কাপ্লা লেপ্লদে। মহাকপু চপ্তুনা পুরিবা নুপা অনীদুগী মনুংদগী অমনা কন্না কন্না চিংলি।

" ঐখোয়গী তুং ইল্লকউ, চেনখিনবা হোৎনরবদি শিজরে খঙঙু। " নুপা অমনা হারকই।

তুংগীদুনসু চেকশিন ব্রাদু খঙহল্লি," ঐখোযগা লোয়নবনা নঙগী হিংনবা উপায়নি, নত্ত্রবদি পুলিসনা হাৎলগদবনি। "

শান্তনু ইঙাও ঙাওনা, ফনা কুইনা নুপা অনীদুগা লোয়ননা চেল্লম্মী। মখোয়গী কিদবা মতৌদু উরমদ্রবদি মহাক চেনবা ঙম্লমগদবা

মান্দে। মীকূপ খরগী তুংদা লল্লোং মরি ফাংবা মফম অমা য়ৌরক্লে। খঙহৌদনা শান্তনুদা ব্রাখল অমা লাকই, খরা খরা তপথে। মহাক তুংদা লম মঙারোম লৈথহৌরে। খুদোংচাবদু মাঙহনবা য়াদ্রে, নুপা অনীদগী নাম্ভোক্লগে খল্লে। অতোপ্পা লম্বী য়েংলগা ওয়রোমদা পাঙ্গল ফুদোক্তুনা চেল্লম্মী। শহবগী লম্বীশিংদু ফনা য়াম্না হাঙলে, মী চৎপগী চাং হন্থরকপা মতম ওইববনিনা মহাক চেনবদা মঙম শাল্লি ; মিনিট খরগী তুংদা মহাক অখূবা লম্বী অমদা লৈশিল্লম্মী; অদুগা, স্বর মপী হোন্দুনা মখা তানা চেনবা ঙমদবদগী মরুম অমদা ফমথরম্মী। কুইদে, মহাক তুং- মাং য়েংদুনা তপ্না অমুক চৎপা হৌরে। ইঙাও ঙাওরি,মায়কৈ খঙদে, শহরদুগী করম্বা মফম্নো হায়বসু খঙদে, হৌজিক অপিকপা অমসুং অখুবা লম্বী য়েংবদা পুক্নীং চঙলি।

মিনিট কুনলোম শান্তনু নাইতোম তারক্লে। লোয়নরকপশিং অদুনা তান্নরকপগী খুদম উদে, থিরম্বদি য়াই। মখোয়সু নীংতম্না চৎপদি ঙম্লরোই হায়বা শান্তনু নীংশিংঙি। হৌজিক লেকফম হোটেল অমা য়েংহৌবনা ফরগনি খল্লকপা মীকুপমক্তা মাঙলোমদগী নুপা অমা তহা তহা লাকপা উই। নকশিল্লকপা মতমদদি মৈঙান্দুদা দ্রাইবরগা ফম্মিন্নবা নুপাদু ওইরম্লে। মহাক শান্তনুবু হান্না শক খঙখ্রবগুম পন্দনা চঙশিল্লকখি, অদুগা পিস্তোলসু উৎলকখি।

নুপাদুনা কিহনবা খোনফমদা হায়রকই, " অতৈদি কদাইদা লৈহৌরে? ঐগা চৎসি, নাম্ভোকখিগে খল্লবদি অফবা ওইরোই। "

শান্তনুগী থম্মোয়নুংদা অশাউবগী অকনবা ঈহুল অমা কাঙলকখ্রে। মহাক সড়ক মপান্দগী খূদাপ ফারবা নুং অনী ওয়-য়েৎনা তাপ- তাপ পায়খৎলগা চপ লেপ্পম্মী। নুপাদু মহাক্কী পিস্তোলনা শান্তনুগী থবাক্তা মূরগা, কাপকদবগী লম অনীদা নকশিল্লক্লে। শান্তনুনা মখূৎ য়েৎকী নূং শাফু কন্না লংখি। নুপাদগী লাইবক্তা ফনা ফজনা থোমখ্রে, লোংনা হাইথখ্রবনি। ঈশিং থন্না লৈবা নালাদা য়ূংশিনখিবদু শান্তনু শেংনা উরম্মী। নালাদা উতূপ তাবগুম লেঙখিদ্রবা নুপাদুবু হন্না অমুক য়েংলমদনা মহাক মাঙলোমদা চেল্লক্লম্মী। শহরগী করম্বা মফমনো, য়াম্না চিক্লে।

শান্তনু চেল্লম্বদগী চৎপদা ওম্থরে, খোঙকাপসু লাওদে। মদুগী

মরমদি মহাক ৱাখন্দা লূমথরি। হৌজিক হোটেলগুম্বা লেকফম থিরুবদা অফবা ওইরোই, পুলিসশিংনা শেন্নরমগদবা মাল্লি। ঘড়ী য়েংবদা পূং অমা তাগদৌরে। মতম চাদনা লেকফম- থুংফম থিরুবা হায়বসিনা চিংনবা পোকহনগনি। অদুদি, লম্বীদা অসুম চৎলগা নত্ত্রগা মচি- ময়াদা ফম্লগা নোংঙানবা ঙাইগদ্রা? মদুসু অশিংবা থবক নত্তে, ফাবীররো হায়না ঙাইবগা অমহানি, কান্নদবনি। বস নত্ত্রগা রেলৱে ষ্টেষন্দা চৎলবসু নাম্থোকখিবা অনীদুনা থিরমগনি, মখোয়গী মী অশি-অনা য়াওশিল্লকপসিনা ফিভম হেন্না হেন্না লুশিল্লক্কদৌরি। অচুম- অরান থিবগী ৱা হুন্দোকখ্রগা থেংনবা মফমদা লোইশিন্নবা খন্নরকপা শোয়দ্রবনি। শান্তনু পল্লেপফম খঙদনা মায়কৈ মরিদা লৈদুনা য়েংলম্মী।

লম্বীগী য়েৎলোমদা, অৱাংবা য়ূম অমগী অনীশুবা মথোনগী বেরেন্দা রেলিংদা ঙাদুনা লেপ্লিবা নুপী অহুম্না মহাকপু কৌরিবদু শান্তনুনা উরে। শাউনিংবগা হঙ্গোইবগা য়ান্নে। অহীংদসু ফজনা মকে শেমদুনা নুপা লাকপা ঙাইরিবীশিংনি হায়বা খঙবদগী মহাক লৈথোক্কুনা চৎনবা হোৎনরম্মী; প্রপ প্রপ পোষ্ট মখোঙ অমরোম লাপথোরক্লে। অঙাংবা মনারৈনা ফজনা লৈতেংবগী মথক্তা নুমিদাংদসু ইলেক্ট্রিক মঙান্দা পূমঙান ঙাল্লিবা থোঙ্গাল ময়াদা হৌবা গুলমোহর পাম্বী অমগী মরুম ওইরপ মহাক লেপ্তুনা ৱাখল তৌরম্মী —' কদোমদনো চৎকদবসি? পুলিসতা চঙজফম লৌরসিরা? মখোয়না শোয়দনা গুৱাহাটী তান্না, কার্টর্স য়ৌনবা থিনবীবা য়াই। চেকশিন্না ঙাক্লবা কমপ্লেক্সতুগী মনুংদা থবক তৌগনি। হৌদোক্লম্বা লুহোংবগী ৱাফমদা কন্না তেংবাংবীরক্লবা শকুন্তলাগা পাউ চৎনগনি, য়ূম্লিংনবা থৌরাং য়াংশিলহনগনি। মতম খরদি ঐ ঈংথনা লৈবা য়াই। অদুবু, থরুম তৌরিবা পার্টি অসিগী খূৎতগী মতম চুপ্পগী নাম্থোক্লে খনবদি লানগনি। ঐ চেল্লকপনি, ইরাল লৈবগী ফিভমদা লৈরি। হৌজিক ঙাইহাক্কী মীচেন ওইবতা নত্তনা তুং ফাওবা ঐসি মরাল লৈরবা মী অমগুম নত্ত্রগা বন্দী অমগুম নীংখা তন্বা ফংদনা পুন্সি লেনবা পামফম থোক্তে। ফিভম লুশিল্লক্লি, ঐসি অরোনবা অমসুং অফোংবা বিচার অনী মায়োক্লগদৌরি। মরম চাদনা মখোঙনা মংফম থিববু অশিংবা থবক কৌনব্রা? লালহৌবগী খূৎতা শিখিবা

মীচমশিংনা করি ৱায়েল ফংনখ্রবগে? মখোয়গীদি অরানবনা মশরুক ওইনরি। চেকশিনবা অমসুং খন্থবা ৱাৎপদগী মশাবু অরানবা তাহনবা হায়বসি অনীরক শিরবনি। হৌজিক মীফত্তশিং অদুগী খুৎতগী নাম্থোক্লবা হোৎনবগা লোয়ননা পুলিসতগী থৈদোকপসু অফবা থবক্নি।’

শান্তনু অসুম লেঙদনা লেপ্লিঙৈদা নুপী অমা তুংলোমদগী নকশিল্লকপা উরে; ফিজেৎ অমসুং শকফম্না মহাক বাঙ্গালী নুপীনি হায়বা তাকই, মরম অদুনা শান্তনু থোইদোক্না চিংনবা লৈরমদে। মশক মতৌ ফজবী, তিংদা য়াংদা চঙখোনবী নুপী অদু শান্তনুগী মমাঙমক্তা, য়াম্নসু নকশিন্না, মোমোন নোক্নুনা লেপ্লরে। শান্তনুদা হঙ্গোইবা অমসুং অঙকপা অনীনা পুল্লে। মহাক চৎথোকখ্রগে খন্দুনা, মমায় লৈথোকই, মখোঙ থাংবা হৌরম্মী।

“ বাবু, একটু দাঁড়ান। ” নুপী অদুনা খুদক্তা শান্তনুগী ফুরিৎ তাপ পায়দুনা খাম্মী, “ এত রাতে পিয়াস মিটানোর লাগি এত কষ্টে খুঁজতাছেন, তরে কেন ফিরতাছেন? মনের মেয়ে পাইটাছেন? আজ রাইটতা দয়া কইরা অমার সঙ্গ কাইটা যান। ”–

থোৎ-নৌরবা বাঙ্গলাদনি ঙাওলকখিবদু। শান্তনু চপ লেপ্লম্মী। মহাক ফিংলপ হায়খি, “ থাদোকউসে। ”

নুপীদু থাদোক্তে, হনবগী ৱাফম লৈতে। মোন মোন লাউরবা মখূৎনা শান্তনুগী খূজেং পায়দুনা চিংবোই-থেম্বোই কেথদুনা অসুম মখা তারকখি, “ আইসেননা একটু। আপনাদের পিয়াস মিটানোর লাগি আমরা আছি, অমাদেরে কেন অবহেলা করেন। ”

শান্তনু মখূৎ কম্থোক্লবা হোৎনৈ, “ ৱাখন্দু ওন্নরে। ”

“ কেন ঘেন্না করেন? আপনি এইখানের মানুষ বলিয়া মনে হয় না। ... হৌজিক লাকপীরিবসি কদোমদগীনো? তারাপুরগী মখা থংবা গোলাই অসোমদা মীকুপ খরগী মমাঙদা নোংমৈ য়াম্না কাপ্লখ্রে, মীশি- মীনা থোক্লে, পুলিস অমসুং সিফাইনা ৱাই চাইরবনি। চৎপীখিবা ফরোই, ঈরাং নেমথবা ঙাইবীখো। ঐনা হায়জবসি য়াবীয়ু। মসি ঐগী কান্নবা য়েংদুনা পঙহায় হায়জিনবা নত্তে। ” নুপী অদুনা শান্তনুদা মুন্না য়েংলগা মখা

তারকখি, " থৌদোকসি খঙদবদগী সোম্না চৎলিবনি হায়বা ঐ উরে, খামদবা য়াদবা মতাং লাক্লে। "

শান্তনু হোয়সু হায়দে, মায়সু হায়দে, ব্বারেপ অমা লৌনবা হোৎনবগুম অদুম লেপ্পুনা লৈরম্মী।

" ফরে, চৎসি। " শান্তনু হৈনীংদনা হায়।

নুপী অদুগী মতুং ইন্নদুনা শান্তনু দলান ময়ায়গী সীঢ়ীদা কাখৎলম্মী। মমতক তৌবা বল্বকী মঙান্দা লৈ-লৈদুনা কারকখিবা শান্তনু অনীশুবা মথোন য়ৌরকপদা নুপী অনী রেলিং পায়দুনা সড়ক্লোমদা য়েংলগা লেপ্পা উই। মতৌ লৈবীদুনা শান্তনুবু খূৎলৈ থুনা কা অমদা মখূৎ পায়দুনা চিংশিল্লম্মী, অনীদুদা লৈশিল্লুদনবা হোৎনবা মাল্লি। শান্তনু হৈনদে, হঙ্গোয়জবনা নিকপগুম তৌই। অদুবু মহাক মী অনী মরাং কায়না তুম্বা- হিপ্পা য়ারবা হিদান্দুদা ফমথরম্মী। মতমগী ফজরবা ফর্নিচর কয়ানা লৈতেংলবা কাদুগী ফক্লাংদা ফি তঙ্খায় শেত্তবী শকহেনবী ময়ামগী ফোটো অমসুং পিকচরশিং থেৎলি। খোইথুম্নরবা ধুপকী মনম অদুনদি শান্তনুবু শেংলবা মফম অমদা পুশিনবীরকপগুম থোকহল্লি। নুপী অদুনা থোঙগী বোল্ট চেৎনা লোনশিনখ্রে। মহাক আলমিরা হাংদোক্লুনা লূংগী অমা লৌথোক্লগা হিপফমদা থম্লম্মী।

" কাপড় বদলাইন? " নুপী অদুনা হংলকখি।

মরাং কায়রবা কানুংগী ট্যুব মঙান্দা মতৌ লৈবীদুগী শকফম ফজনা উরে। কা হেন্না তৈ- লাকপা, য়েকশিন খোৎচিনবা য়াওদে। কুলৈ কুচুদগী খজিক্তং পাম্থোকই। লাওরবা মিৎ, তুল্লবা নাতোন, পাক্তক তৌবা মাযথোং, পারবা চীনবান, পীশুম অনীগী কাবক্তা নম্বা অশংবা বিন্দি, রাশি লৈতবা য়াওদে। তোংগানবীদুনা মোমোন নোক্লুনা শান্তনুদা হূবপ হূরপসু যেংলি।

অমুকসু হায়রকখি, " কাপড় বদলাইন। কি কি খাইবেন, আমাবে কইন। "

শান্তনু মঙক হাইরম্মী। নুপী অদু মনাক্তা তপ নপশিন্না ফমথরক্লে, অদুগা শান্তনুগী মখূৎতা চেৎনা পাযবগা অপাম্বা হায়হন্নীংবগুম যেংলম্মী।

শান্তনু তপ্না হায়, " ঈশিং গ্লাস অমত্তং থক্কে। "

জগোয় খোঙথাংদা হৌগৎখিবীদুনা উপু মনুংদগী অচৌবা মিনরেল ৱাটর বোটল অমা লৌথোক্তুনা পীররে।

" বাবু, আপনিতো আইজ আমার অতিথি। আমার যতটুকু আছে সব অপনার। ... মীকুপ অমত্তং ওইরবসু ঈশ্বরনা শেম্বীরিবা নক্লবা মরী অসিবু ব্যবহার তৌজদুনা অদোমগী নুংঙাই- যাইফবা, অচৌবা ফম অমসুং মীয়ামগী সনমান পূম্নমক কাউথোক্লগা অদোম্বু ঐনা নঙ কৌজগদৌরি। নুংঙাইতবা তৌবীগনু। "

শান্তনু তানীংদবা উৎলমদে, শোন্থাংনরপ হায়দোকখি, " করিসু কায়দে। "

নুপীদু মখা তাই, " অপনারে বেশী অস্থির মনে হয়। ... মরমদু ঐনা খঙনীংলবসু নঙনা তাক্লরোই। ফরে করম্বা মখলগী সেবানা নঙগী অচৌবা চিন্তা কোকহনগদগে হায়বদুনি ঐনা খঞ্জরিবসি। "

" ঐগী অপাম্বদি, শেংনা হায়জগে, চঙজরক্লবা অতিথি অমনি খনবীদুনা, অয়েৎপা অমত্তা পীবীদনা ঐবু অমুক্তং পোৎথাহনবীয়ু। "

" আমি সব ঠিক-ঠাক কইবা আছি। ... নঙবু পেলহনবা ঐগী থবক্নি। নঙগী অপাম্বা পূম্নমক ফংহন্নবা হোৎনবগা লোয়ননা থৱায়সিবু কঞ্জনবা উপায় খরা অহানবদা নিজগদৌরি। "

নুপী অদুনা শুম্লগে খন্না থবক চৎথরকপদা ব্লাউজ তাখত্তুনা শান্তনুগী ঙকশমদা কোন্নবা পাম্বোম অনী তিংথোক্লকখি। শান্তনু খুৎলৈ থুনা হিদান ময়ায়দা, তুংলোমদা চঙশিল্লি, মহাক মমায়সু লৈথোকই।

" ইবেম্মা, ৱাখন্দু ওন্নরে। ঐগী ৱা অমত্তং তাবীখো। " শান্তনু মখূৎ খল্লি।

" অমারে এত সস্তা ভাবতাছেন কেন? " ময়াই কারবী শকহেনবীদু মফি পূম্নমক লৈমায়দা হিকথহন্দুনা শুমহৎনিঙাই শাথেক উৎপতা নত্তনা ঙাঙবদসু হালেংদে," দেখোইন, এই দুইতা দিয়া কোন বচ্চারে পালন করি নাই, বিদ্যা সাক্ষী। ... মতম অমদা অৱাং-নোংপোক ষ্টেটশিংগী সরকার শেম্বা অমসুং থুগায়বগী কেম্প শান্নবদা, ঐঙোন্দা চঙজরকপা মীশিংদা কান্নবা পীখি, মপাঙ্গল হাপ্পীখি। এম.এল.এ., মন্ত্রী,

কমিসনর, ঠিকাদার অমসুং শেঙ্গাও পায়বা কয়া ইখোঙদা তুখিবনি। লাইবক্লা ঙসিদি য়ু লিক্লি অমগীদমক নঙবু থেমহল্লি, মদু য়েংলগা থৌশাবীদবা অমসুং মমল লৈতনা খনবসু তৌবীগনু। ”

শান্তনু লুকথদুনা হায়, “ য়ারে, য়ারে। ”

পূংশুম শুল্লগে মতাগুম মোমোন নোক্কুনা ব্রাংলবা থবাক্তা মখূৎ অনী থল্লগা মতৌ লৈবীনা ব্রারৌতক হায়, “ অমারে একটু দেখোইন কেমন দামী দেখোইন, বুঝতে চেষ্টতা করেন। ”

“ য়ারে ইবেম্মা, মখা তাবীরগনু। ” শান্তনু ফক্লাংলোমদা ওনশিল্লগা লোন্তক হায়খি, “ নহাক ফজবীশিংগী ফজবীনি। অদুবু ঙসি ঐ মদু শীংথাবা হৈররোইদবা মীশক ওইরি। ”

“ আর, মনে যদি কিছু সন্দেহ করেন, মনের মতো কোন্দোম দিতাছি। ” শকহেনবীদুনা মশা পূম্বা থেক- নোমদুনা তকশিল্লকখি।

“ মখা তাবীরনু। ” শান্তনু কন্তক হায়।

“ তাহেইলে, দাম দিবার টে কা- পয়সা আপনার নাই? আপনার সোনার আংটি আর ঘড়ি আমি ছিনিয়া নিমু মনে করেন? ” নুপীদু হন্দক্তি শাউগৎলক্লে।

“ ঐগী ব্রা তাবীয়ু, ঐনা হায়জবা য়াবীয়ু। ”

ওক্কবী মশম- মনা খোমজিন্দুনা হিদান্দা ফমথরকই। শান্তনু খোঙগ্রাউ ফুরিৎখাউদগী পর্স লৌথোক্লম্মী। লূপা চামঙাগী নোট অমা শত্তোক্লগা ফমুং ময়ায়দা থমখি। মহাক তশেংনা নোঞ্জরবনি।

“ ঐ ব্রত অমা ঙাকচরি, ঐঙোন্দগী লাপথোকপীয়ু। ”

“ অমাদের শূধু টেকা- পয়সার চিজ ভাবেন; আমরা কি প্রেম বুঝিনা, আমরার হৃদয় নাই! মানি, এই টাই আমরার ভাগ্য। ”

ফজবী মমিত্তা ঈরা চেন্না শেল লৌখৎলি। মথং মথং, তপ্না তপ্না চিংখৎখিবা ফিনা মশা পূম্বা কুপখ্রে। মহাক কাচিনগী উপুবোমদা চৎখি। য়ু লিক্লি অমগা গ্লাসকা লৌথোক্লগা টেবলদা থমখ্রে। শান্তনুনা মঙোন্দা য়েংলকপা ঙাইহাক ঙাইরম্লগা চৌকীদা ফমখ্রে। শান্তনু করিমত্তা হায়দনা ফক্লাংলোমদা মমায় ওনশিন্দুনা, হিদান মচিদা নপুনা হিপথরম্মী।

পংখাগী অকনবা শাহুম ফংবনা কানুংদুদা কাঙগী অন্নাবদি লৈত্রে। নুপীদুনা গ্লাসতা য়ু অহুল্লক হৈবগী মখোল শান্তনুনা তায়। মহাক ইরেঙ লেঙদে। তূম্বসু য়াদে। পূং অমরোমগী তুংদা নুপীদু মহাক্কী নাকন্দা তপ্না হিপ্লবে। অদুগী তুংদা মহাক নাখোল্লককখি।

ওস্থোকপনি! শান্তনু ফিভম অসিদা অহীং লেনবা তারি। মঙনি খন্নবা হোৎনবম্মী। মহাক অমুক ফম অমুক হিপ তৌদুনা পূং মরি তাবা ঙাইবা তাবনি। পংখাগী নুংশিৎনা হুমদোকখিবদগী ফি থোংদ্রবী শকহেনবী অদুগী হকচাংগী শরুকশিংবু শান্তনুনা কুপশিনবসি অহুল্লক শুবে। মহাক হৌজিক হৌগৎত্তুনা চৌকীদা ফল্লম্মী।

শান্তনুনা ঘড়ী য়েংবদা পূং অমা তারে। মপান্দা মী খরা ব্রা ঙাঙনবগী খোঞ্জেল তায়। ওক্তবী খরগী মনুংদগী নুপা অনীনা অপান্থা খন্নবনি। মখোয় ব্রা লোইশিন্নদুনা মাগী মাগী কাদা চঙনগদৌরে। বেরেন্দাদা নুপা অনী ব্রারী শান্নরি; মৈতৈলোন্দা ওইবদগী শান্তনু পুক্লীং চঙনা তারম্মী।

অমনা হায়, " অদুম্না চেনগনি হায়বা থাজরুদে। মাবু পুলিসতকা চেনশিল্লমগদ্রা? নোংমৈ কাপ্পরিঙৈ তাঞ্জাদুদা কোক লোইশিল্লম্বনা ফরম্বনি, হৌজিক্তি ঐখোয়গী ঈথক্তা কয়াদা চাউরবা পোৎলুম্না নল্লবা, য়েংঙু। "

" মদু য়াখিদ্রবনি। আসামগী অহল অমনা মখোয়গী লমদমদা মখল অমত্তগী চৈরাক পীবা, শিব- নাবা থোকহনবা য়ারোই হায়না সর্ত অমদা শিন্নরকপদু কাউথোকপা য়ারিব্রা? মণিপুরগী ঙমখৈ লানশিল্লবদি ঐখোয়না তৌনীংবা তৌবা য়ারেদনা। " অতোপ্পদুনা শমথৈ।

" নত্তে, হৌজিক কদায়দনো মহাক্না চেল্লমগদৌরিবসি? "

" পুলিসতদি চঙলম্লোই। মরমদি মহাক পুলিসকী মতেং লৌবা পাল্লবদি ঐখোয়না কৌবা মফম খুদিংদা লাক্কমদবা য়াই। "

" অদুদি মহাক হৌজিক টাউনসিগী মনুংদা লৈরি। কনাগুম্বা খঙন- চান্নবা অমগী য়ুমদা নত্ত্রগা হোটেলদা পল্লমগনি। গুৱাহাটীরোমদা হনখিনবা এয়ার্পোট, ত্রেন ষ্টেসন নত্ত্রগা বস ষ্টেসন্দা লাকখিগনি। ঐখোয় মফমসিদা কুইনা পনবা য়ারোই। পূং অহুমদা চপ চানা থোকখিসি। ঐখোয়গী মী মরাং কায়না চাইথোকসি। মী খুদীংমক্তা মাগী ফোটো অমমমসু পীনবা

তৌসি। লূপা লাখ মঙাগী মনা ইরায় লায়না নাম্থোকহনখিবা য়াদে। পূং মরিদা চৎকদবা ত্রেন অমা লৈ, নঙ তূমথোকখিগনি, চেকশিল্লু। ব্রাফম অমনা ঐখোয়গী অহন্দু করি থোকখ্রবনো, মফম অসিদা য়ৌরকফম থোক্লবনি। পুলিসকী খূৎতা তাখিরল্লবদি ঐখোয়দা বেরা য়াম্না কাগদৌরি। ফরে, গুদ নাইট। ”

“ গুদ নাইট। ”

খোঞ্জেল অমসুং ব্রারীদগী শান্তনু মখোয়বু মশক খঙখি। মখোযগী ব্রারীনা মহাকপু অকি- তূজুং খরদি পোকহনখ্রে। মহাক মশা ব্রান্টেদ তারল্লে। লূপা লাখ মঙাগা মহাক্কী পুক্সিগা মস্তিক্লবগী মওং লাকপসিদা চৈনা ফাওই, থম্মোয়নুংদা প্রলয়গী মৈ হৌরকখি। মীফত্তশিংদুগা চাংয়েংননীংবনা ফুক ফুক হৌগৎলি। মখোয় খূৎলাই পায়রি হায়বগী অকিবনা অশাউবা ফাথবা ঙমদ্রবসু মহাকপু কন্না খাল্লরিবসি শকুন্তলা অমসুং বালা মমা মচানি। মহাক অপঙবা অমসুং অশিংবা ব্রাখল অনীগী চাং কন্না ওল্লল্মী।

অহীং চুপ্পা তূমখিদ্রবা শান্তনুনা মপান বেরেন্দা অমসুং সীঢ়ীদা তত্তনা মী চৎথোক চৎশিন তৌবগী খোঞ্জেল তায়। পূং মরি তাগদবা মিনিট তরা ব্রাৎলিঙৈদা মহাক কাদগী থোকখিনবা থৌরাং তৌরে। মহাক নুংঙাইনা তূল্লিবী নুপী অদুগী মফি চিংদুনা হৌদোক্লল্মী। মীকপ থোরক্লবী নুপী অদুনা মখূৎ লোন্নদুনা শান্তনুদা খুরুমলকখি। শান্তনু থোঙ হাংদোক্কুনা মপান থোরক্লে।

নোংঙাল্লমদাই মল্লি মল্লিবা মতমদুদা শান্তনু নোংপোক পাংনা অসুম চৎলল্মী। বিজলী থাউমৈশিং ইতন তন্থবগুম উই। অনকপা অমসুং অথাপ্পদা য়েন খোংবগী খোঞ্জেল নত্তনা শহরদু ইচিক চিক্লি। মরক মরক্তা ব্রাকিং চৎপা নুপা- নুপী খরসু অদুম্মক থেংনৈ, মরম অদুনা মহাক মশাবু শহরসিগী মী অমগুম লৌজরল্মী। পম্বুংফম লৈতবা খোঙচত্তুদা মহাক খোঙকাপ্তি লাউনা লাউনা কাল্লি। হৌজিক মহাক ফাতক বাজার ফাওদুনা চৎলি হায়বা থেৎলিবা সাইনবোর্দনা তাক্লক্লে।

শহরগী মতাই করাটি গ্রামগী লম্বী অমা তারকপদা নুমিৎ মশক উরে; মহাক নোংপোক্লোমদা মায় ওল্লি হায়বসু খঙলে। নুমিৎকা চপ চানা

মায়োক্লরি। লম্বী মপান্দা লৈবা দুকান অমা হাংলকখিবা উবদগী তাঞ্জা য়েংদুনা শান্তনু মদোমদা চঙশিল্লি। টুথ ব্রশকা লোয়ননা পেষ্ট, সাবোন, বিস্কুইট পেকেৎ অনী, ঈশিং বোটল অমা, টব্বেল অমা, মৈখেৎ অনী, কেন্দল পেকেৎ অমা, গমশা অমা, লোয়ননা পোৎশিং অদু হাপ্লবা এয়র বেগ অমা দুকান্দগী লৈরে। লেমহৌবা পৈসা মশীং চেকশিন্না থীরম্মী। চামঙাচৎপী নোট তরুক, চামগী অনী, তরা চৎপীগী নিপান য়াওরি। মহাক লেংবান্দা বেগ য়ান্দুনা বারাক খোঙবাল তল্লক্লম্মী।

নুংশা হাইদোরকপগা মৈশা লোয়নরকপা লমদম্লি। পূং তরুক মখায় তারকপা মতমদদি শান্তনু মমায়দা চেম্থরকপা হূমাং তোয়না তৈথোক্লে। মহাক লম্বী মপান্দা য়োল্লম্বা পাউ-চে অনী লৈরগা খাউদা হাপ্লকখি, মফম চাবা য়েংলগা পারুগে খল্লকখিবনি। লেপ্তুনা লাকখিবগী কান্নবা লৈ, হৌজিক মহাক বরাক তুরেল য়ৌরে, ঘাট অমদা কূমথরকখি।

শান্তনু মচীন- ময়া শেংবা, মমায়- মমিৎ তাথোকপা লোইরদুনা কানোক ধকন যাওবা, মথৌ লেপ্লিবা হি অমগী মনুংদা ফমদুনা পাউ-চে লৌথোকই, অহানবা লমায়গী ময়ায় চবুক্তা, হেদিংগা লোয়নবা পাউ অমা থেংনৈ। মরোলদি

— ‘ নোংমৈ কাপ্লখ্রে, মঙা শিরে। ’

শিলচর টাউন তারাপুর পুলিস ষ্টেসনগা নক্লবা মফম অমদা হৌখিবা অহীং পূং তরানিথোইরোম তাবা মতমদা অচৎ- অওক চেক তৌবা সি.আর.পি.শিংগা, অশংবা কার অমদা লাকপা শকখঙদবা খূৎলাই পায়বা কাঙবু অমগা খূৎ থোক্লবদা য়ামদ্রবদা মী অহুম শিরে , অনীনা অশোক অপন নংখ্রে।

পুলিসকী পাউনা হায়, ঙরাং নুমিদাং পুং তরানিথোইরোম তাবা মতমদা সি.আর.পি. প্লেটুন অমনা অচৎ- অওক গাড়ীশিং শিলচরগী তারাপুরদা চেক তৌখি । অশংবা কার অমা মখোয়না খাল্লবদা নাম্থোক্লুনা চেন্নবা হোৎনরকপগা লোয়ননা নোংমৈসু কাপশিল্লিকখি। মদুদা পুলিসনসু খূৎ হন্দুনা কাপখি। অকনবা লান্দু মিনিট তরারোম চৎথখি। অমম্বগী অমসুং কুংনা খাল্লিবা গাড়ীগী খুদোংচাবা লৌদুনা শকখঙদবা খূৎলাই পায়বশিংদু

নাহ্লোকখি। চেনখিবা মী কয়ানো হায়বা খঙহৌদ্রে। অদুবু কাব মনুংদা দ্রাইবরদুদি শিরম্লে। খুৎথোক্লুবা মফম অদুদা পুলিস অনী খুদক্তা শিখিবগা লোয়ননা মীচম অনী শোকখি। অশোকপশিং হোস্পিতালদা লাইকন্নবি।

মখা তাবা পাউ অমনা, নোংমৈ কাপ্লফমদগী ফর্লং অনীবোম লাপ্লা বর্ম্মন গলীগী ঈশিং লৈবা নালা অমদা মক্ত যাওদবা চাইনীজ পিস্তোল পাযবা নুপা অমা শিদুনা লৈবম্লে। মহাক্কী মকোক্তা অশোকপা দাগফম লৈ হাযবি।'

শান্তনু পাখৎলপ তৌই। মহাক মখা পাউ যেংনীংবা পোক্তে। খবব চে থুপচিল্লগা বেগতা হাপচিন্দুনা মহাক মখা মাযকৈ, অহাংবা, মী তাদবা মফম য়েংদুনা তোবর্বান লম্বীদুদা অসুম চৎলম্মী।

# ১১

অয়ুক পূং তবামাথোই তাবে। শান্তনু অরাম-খৌরাংবা কন্না ফাওবকখি। মহাক চাক চাথোক্লগা পোৎথাখিগে অমদি মথং চৎকদ্রবা মফম লেপথোক্লগে খল্লে; লন্থী মখাদা লৈবা দুকান মপু য়েংদুনা চঙশিল্লি। খ্বাইদগী নকপা চাক হোটেল লৈফম হংলম্মী।

লূ- নানবা নত্ত্রগা অহাউ- হাউতগী ৱাফম থাদোকখ্রবা শান্তনু মযামগী চাক চাফম হোটেল অমা ফংলে।মহাক মফমদুদা নে- তানা চানবা কন্না হোৎনবম্মী। মমল হোঙবগী মতিক য়োৎশিনবদি ইয়া য়াবজাৎ নত্ত্রে; অদুবু পুক থন্নদি চাখি।

শান্তনু চাবা তোকপগা বরাক মপান্দা অমুক লাক্লম্মী। হন্দকসু মহাক হেন্না চিকপা মফম থিরকখি। ওলাংবা খাংনবা উপায়দি তোয়না ঈরুজবনি, অফবদি নত্তে হাযবসু কাউদে। হৌজিক মীরক চঙনীংদবনা মশাবু তোন্থনা খন্দবা ঙম্লক্রে। নীংশিংলুবা ৱাফম খুদিংনা লক্লরকই। ৱাখল পুক্লীংবু যাম্না শোন্থহল্লে, খমথেংনা নুংঙাইহন্দ্রে , মহাক তোয়না তোযনা থম্মোযদা হংঙি, য়েৎনৈ, খন্দবা ঙমদে—পুন্সিসিদা মহাক্লা কনাবু মাঙনবা তৌখ্রবগে? অসুক য়াম্না ইকাইনিঙাই ওইরবা ৱাথোকসি মঙোন্দা করম্না পকশিল্লক্লিবনো? শীংননীংবনা মপুক মথক- মখা ওল্লকখি। অদুবু মতমসিদি পাঙ্গলদগী বুদ্ধিনা হেন্না শিজিন্নগদবা মতাং থোকই। চেকশিন্দ্রবদি

মপুন্সি খাঙ্ডুথক্তা মাঙবা, অচুম্ববু অরানবনা কুপ্তুনা মহাক্কী ৱারী অনেম্বা থাক্তা চিংথবীবা শোয়দ্রবনি। মসিগী মথক্তা লাঞ্জদবী থৱায় অনীবু নমথবীবদগী অমুক্তং চিংখৎলমগে খল্লিবা ৱাখল অরেম্বা তাখ্রগনি। মতম অদুদা মহাক নীংঙমদবা লৈতবা পুন্সি অমদি ফংলরোই। মদুনা হিংবদা নুংঙাইবা করি পীবা ঙমগনি?

শান্তনু ৱাখলনা লুম্মনখিবনা চৎফম- লৈফম কাউই। মহাক মতম খরা মীরোৎ ওইরগা ফিভম য়েংদুনা লৈবনা ফরগনি খল্লন্মী। তহা তহা গুৱাহাটী য়ৌনবা হোৎনকুরগা লম্বীদা অমুক মখোয়গী লাংদা থুরবদি ফররোই। অদুগী মথক্তা মখোয়না মহাক্কী ক্বার্টর্সতা হল্লক্লুব্রা হায়বদু শেন্নদুনা লৈরম্ফম থোকই। সরকারনা মহাকপু কদায় ফাওবা ঙাকপী শেনবীবা ঙমগনি? থাজনিঙাই লৈতে। তুজুংলবা, থম্মোয় কায়নিঙাই ওইরবা পাউ, থৌদোক ৱাথোক কয়ানা খুদম পীদুনা লৈরবনি। ফজরবা লৈঙাক্লোন- চৎনরোল মমিংগী ওইরে, আইনসু মমীৎ তাংলে। মীয়াম প্রজাসু উশিন- খঙশিন্নদবা কন্না তমখ্রে। অচুম্বনা অরানবা থিবদা খুৎলাই শিজিন্নরে, অশোনববু শৌগৎপীবা অমসুং মীযামগী অৱাবা কোক্লবা লাঞ্জংদা থৱায় থাদোক্কে খন্না কনা কনানো চোংথোরক্লিবা? আইনদি শেলনা লৈরগা, পাঙ্গলনা থৌদাদুনা শিজিন্নবা য়াই খনবা কাঙবুনা মমা- মচাদা পীবা অৱা-চৈথেংদগী হাইদোরকপা শরুক খবনি মঙোন্দা পাল্লরিবসি। চুম্মী, শেল হাৎপা, মীনম্বা, হূরানবশিং অদুগী মথক্তা কেশ তৌদুনা অচুম্বা ৱায়েল তাল্লু হায়না মমা- মচাদা মহাক্লা ইনশিনখিদে অদুবু পুক্লীংদি থৌগৎখ্রে। অদুগা, ইনশিনবা অমসুং থৌগৎপা ৱাহে অনীসিগী খেন্নববু করিনো? হৌজিক্তি মুক্লরি। মুক্লবদা অশোনবনা অকনববু ঙম্বা য়াওখ্রবরা? অদুদি শকুন্তলানা কেশ লৌথোক্লগা অরানবদা নোঞ্জরুনবা পাউতাক পীফম থোক্লিব্রা? মমা- মচাদা থাঙ্গদবা খুরৌ কিবদগী অযুক- নুংথিন্দা ফোংনা লুট তৌবা য়েংদুনা লৈবা, অরানবা থবকপু অচুম্বনি হায়না সাক্ষী পীবা তারিব্রা? ৱাফম অমনা, হৌজিক মঙোন্দা কন্না শীরিবা মরালসি পার্টিগী মায়োক্তা থবক তৌই, মখোয়গী মী হাৎহল্লি হায়বদনি; কেশ নক্ত্রগা কোর্তকী ৱাফমদগী য়াম্না লাপথোকখ্রে। মহাকপু লান্না উরিবা পার্টিগী

অহলশিংদা অশেংবা ৱারোল খঙহন্দুনা মশাবু মরাল লৈতে হায়না লাউথোকহন্দ্রিফাওবদি অৱা-পোৎলূম থাবা খক ঙম্লোইদৌরি। লুরিবদি, পান্দম অদু য়ৌবগী লম্বী কোক্তে, খুদোংথীবগী নারক-মোংশোংনা কুপ্লি।

শান্তনু ৱাখল তৌনা তৌনা অসুম তপ্পা লাকখিবদু অহাঙবা মফম য়ৌরক্লে। তাঙনা ফংবা উরুমশিংদা মী খরসু পোৎথানরি। মহাক নাইতোম তানা, উরুম অমদা গমশা থাদুনা তিংথোক্লম্মী। নুংশা হন্দ্রি, পূংদি অহুম খরা হেল্লে। মহাক খবর চে লৌথোক্তুনা পারম্মী। খবর পাবগী থবক্লা চোকথরবা শান্তনুবু ফজনা শুমখ্রে; খঙহৌদে, ইকুই কুইদনা য়াম্না নুংঙাইনা তূমথখি।

শান্তনুনা মীকপ থোরকপদা নুংশা মঙাল লৈরমদ্রে। অতিয়াদা থৱাম্মিচাকশিং মশক তাকপা হৌনরক্লে। তশেংনা মঙোন্দা ঙংলিবা কাঙশিংনা হৌদোরকপা ওইরমগনি খল্লি। ইচাই চাইরবা ৱাখল খোমজিনবদা মহাক মিনিট তরারোম মফম লেঙদনা ফমদুনা লৈরে। তুরেল ঈচেন্দা তপ্পা তপ্পা লেঙলিবা হিশিং নত্তনা অচৎ- অওক অতৈ জীব ইউ উদে।

য়াচংবা মতম ওইরে। নুংশা খাঙলম্বা শিলচর শহর মণি- মুক্তানা লৈতেংলবী কন্যাগী শক্তমদা ওম্থোকখ্রে। তোর্ব্বান কাগুপ অনীমক্তা উজাউশিংদা তোংদুনা খোংলকপা কোকিলশিংগী খোঞ্জেল হৌবা হেনগৎলকই। লৈচিল মরক্তগী হাইদোরকপা থা- থৱাম্মিচাকশিং তরু তরুরে। শান্তনু অঙানবরোমদা তোয়না য়েংলবসু খোঙদি থাংখিদে। মহাক গমশানা কাঙ হুম্লগা লেঙদনা অদুম ফম্লম্মী।

পান্দম য়াওদবা শান্তনুগী মীৎয়েং মফম অমদগী অমদা, চীংদগী অতিয়া, শহরগী মৈঙান্দগী লৈচিল, থাদগী তুরেল, মথং মথং লাকপনা লালটেন থাউমৈগী মল্লি- মল্লিবা মৈঙাল লোয়নদুনা হোল্লিবা হিশিংদা তাররে। মখোয়গী মবক্তগী কনাগুম্বা নুপা অমনা শক্লকপা কায়ন-মৈশা লাংবগী ঈশৈনা মহাকপু য়াম্না ৱাহনখ্রে। শান্তনু অরাম্বা ফাওদবনা চাক্রী ৱাবু ইনীং নীংশিংখিদে। নুংশিৎনা শেল্লকপা ঈথক- ঈপোম্না লৈরাইদা য়ৈবগী খোঞ্জেল, হঙ্গৎনা হম্থুনা হোল্লিবা হিশিংনা থৈনবা, তোর্ব্বান নাকল

অনীমক্তা তন্দনগুম ঙাল্লিবা থাউমৈশিংগী মশীং লেপ্তুনা হেনগৎলকপা অসুম মহাক য়েংদুনা তুমিন ফল্লম্মী। অমম্বা অহীংদা, তুবেলগী ঈযাইদা চৎন-নোম্নরিবশিংদুনা মঙোন্দা থৌনা অমদি হাপ্লি। কয়াদা য়াল্লিবা ববাক্লা য়োক্লিবা মীশীংসি।

শান্তনু অহীং অদুমদি, যৈখাই- থিনগাই যাওদ্রবদি, উখোঙদুদা লেল্লগা অযুক্তা মফম অমদা হোংখিগে খন্দুনা নক্লা লৈরবা ঙা- ফাবগী লেকফম, পূনফম ঘাটলোমদা তত্তনা যেংলম্মী।

পূং নিপাল তারে, নুমিদাংগী শক্তম লাক্লে। তোর্ব্বান অকোকপা মফমশিংদা মী অহুম- মরি, অহুম- মবি কোয়শিন্দুনা য়ু থক্লরি। খবনা থাউমৈ, মোম্বত্তি মঙান্দা শকউননা ফল্লবসু অয়াম্বনা অমম্বদা হোৎনবি।

পূং মাপল- তবা তাবকপদগী ঙামী অয়াম্বা লৈঙোই, নূংজ্রেং মথক্তা ফি অমমম থারগা তিংথোকপা হৌনরে। কাঙলূপ কাঙলূপ্লি। শান্তনু নাইতোম তানা ময়ামগী মতৌদুমক্তা হিপ্লম্মী।

ইশেং শেংলম্বা অতিয়া ব্রাওথাংনবা লৈচিলনা মরোল মবোল কুপখ্রবদা থা- থব্রাম্মিচাকশিং অমম্বদা লোত্তুনা কন্না কন্না চেন্নে , তান্নবসু হৌরকই। শান্তনুগী ব্রাখলসু মখোয়গী মতুং ইন্দুনা অদুম চেল্লি। মহাক তূম্বসু নত্তে, পোৎথাবসু ঙমদে, মতম লেনবদা ব্রাবিবনি। ঙসিদি মহাক পোক্লফম ককচিংবু, চীংলোন কয়ানা কোয়শিনবা মবমদম মণিপুরবু তত্তনা নীংশিংলক্লি। মফম অদু য়ৌনবা চৎলগা মথক্তা নল্লিবা ব্রাথোক লোইশিন্নবা হোৎনরগে হায়বা ব্রারোইশিন লাকপা তোয়রে। অদুবু খুদক্তা চৎপদি য়াখিরোই হায়বসিনা পুক্নীং লমজেন তপথহল্লি।

শান্তনু গুব্রাহাটীরোমদা, মহাক্কী ইনষ্টিট্যুৎকী ওথোরিটিদা নত্ত্রগা মরূপ- মপাংশিংদা পি.সি.ও.দগী টেলিফোন খক তৌনীংখিদে। মহাক্কী মোবাইল ফোন হেন্দসেট মীফত্তশিং অদুনা লৌশিনখিবদগী পীথোরকখিদবা অদুমক ফরবনি খল্লকখি। মরূপ- মপাংশিংনা মহাক্কী ফিভম অমসুং লৈফম খঙখ্রবদি পুলিসকী মতেং লৌরকপা শোয়দ্রবনি। মদুনা ব্রারোইশিন . পুরকপগী মহুৎতা হেন্নদুম খুরৌ চেনবা অকি- অখং নংবসু য়ারিবনি। মরম অদুনা মহাক মতম খরদি বরাক তম্পাক্কী লমদমসিদা মীরোৎ ওইখিগে

খল্লম্মী। মমিং তাখিবা, চৎলুবা লৈত্রবসু, খুল কয়া মথং মথং নীংশিংলম্মী।

অহীং ময়ায় ওইরক্কদৌরে। গাড়ী অচৌবা অমা শান্তনুনা হিপফম নক্না থৌজিল্লকই। গাড়ীগী লাইট মুথৎলগা নুপা মরি কূমথরক্লে। শান্তনু চিংনরপ অমম্বদুদা য়েংঙি। মখোয়না ঙাঙনবা লোন্দগী শান্তনুনা খঙলে, অনীদি মৈতৈনি। অতোপ্পা অনীদুনা মিজো মাল্লি। মখোয়না কনাগুম্বা মীওই অমবু, মমাঙদগী য়াম্না খঙনবগুম, ' বড়- বড় ' হো ' বড়- বড় ' হায়না কৌরম্মী। ' বড় ' ইরাপ লাপ্তুনা খুন্নকখি। মশাসু লাক্কুনা মখোয়গা উনখ্রে। শান্তনু চিংনরকপদগী য়াম্না থুনা মফমদুদগী অমম্বদা লাপথোকখিগে খন্দুনা হৌগৎলম্মী। অদুবু মহাক শ্বর শাংনা হোল্লগা ইকাইরপ অমুক ফমথরে। মখোয়গী ৱারীদু ঙা লৈনবগী ওইরম্লে। ঙা মন অমরোম আইজোল্লোমদা পুনবনি হায়। ' বড় 'না মখোয়গীদি লৈত্রে, অতোপ্পা ঘাটতা থিমিন্নরুসি হায়খি। মখোয় নুপা মঙা চৎখ্রে। অমনা হন্না হন্না হায়জে, ' থক্তি থক্লনুসিকো। '

অমম্বদুদা টাটা ত্রক লেঙদনা লৈরকপা পূংখায় ফারে। ঙাইহাক্কী মাঙদা পীরকখিবা নোংগী ইঙ্গিৎ ওম্হোক্লসু থুনা য়ৌরকখি। দ্রম দ্রম তুরেলগী অপাকপা ঈমায়দা ঈতিল্লবগী খোঞ্জেল তারে। শিৎলকপা নুংশিৎসু অকনবনি। তোর্ব্বান অহাঙবগী মীয়াম হৌগত্তুনা চঙজফম থিনরকই। অয়াম্বনা হিনুংদা হোৎচিন্নখি। শান্তনু অনকপদা মফম চাবা য়েংলম্বদগী গাড়ী মখাদা থুপ্লুই। নোং হেন্না হেন্না কনশিল্লক্লি। নোং- নুংশিৎ পূল্লকপদগী তাইবং খোঞ্জেল নমথখ্রে। মহাক গাড়ী মখাদা খাঙবা য়ারক্লে, বোদি উবাক্তগী মচি হাঙদনা য়ুরকখি। কদোমদা চেনগনি, মফম থিরিঙৈদা চোৎপনা হানগনি। শান্তনু গাড়ী মথক্তা উখিবা উকূ অহুম নীংশিংলকপদগী থোরক্লে। মহাক খুদক্তা গাড়ী মথক্তা কাখৎলগা উকূ মনুংদা চঙদুনা থুপ্লুরে। ওখাক চাউবা উকূনি, ফুট তরুক্কী নুপাদু য়াম্না কোম্না চুমদ্রিং ফম্বা, হিপ্পা য়াই। তৌবতবু মনুংদু নুংশিৎ উতোং হায়বদু থোক্লে, হূং হূং, ফিনা নাতোন খুমদ্রবদি শ্বর হোনবা ঙমদে।

অকনবা নোং- নুংশিৎনা ঙাইহাক্কী মনুংদা খংঈং ঈংথহনখ্রে। শান্তনু অতোপ্পা ফি অমা শিন্নবা লৈতবনা উকূদগী মপান থোক্লুবদি য়াদ্রবনি।

নোংয়াই মতম্লি। লৈমায়গী অয়াম্বা শরুক ঈশিংনা ইরং লংঙি। অকৃৎপরোমদা ঈরম নাইনা চেম্থবসু উই। গাড়ীগী মীশিংদু ছাটিন পায়বা মী অহুম্না থিল্লক্লে। মখোয় মরৈ ফাইবা য়াওরে। ঙাদি পুরকপা উদে।

গাড়ী ষ্টার্ট তৌরক্লে। শান্তনু কৃম্লরোই খল্লবনিনা তুমিন ফম্লম্মী। থোক্লবা অমা লাক্লগনি, ৱারুবগী মহুত্তা মহাক নুংঙাইবদুম ফাওই।

শিলচর টাউন থাদোক্লক্লে। মৈঙান ফংদবা উমং অমদি চীংখোঙ চীংয়াগী লম্বীদা থেক-খোই চৎলি। উকৃ অদুনা ওন্দুনতা লৈবনা শান্তনু লৈতানা ফমদে, কোক য়াম্না ঙাওরে। শাংনা তিংথোকপনা ফম্বদগীদি খরা ফৈ। নুমিদাং চরা চাখিদবদুমক মঙোন্দা উকল ওইরি, নৎলমদ্রবদি ওবগী চাং য়াম্না হেল্লমগনি। মহাক নোং খজিক্তং পাথরকপগী তাঞ্জা য়েংদুনা উকৃদগী মপান থোক্লম্মী, ঙাক্লবা ওৎ থিরুবনি। অচৌবা উকক অমা ফংলে। মহাক্কী থুপফম অচৌবা উকৃদু ভাটারোমদা তপ পক্কা কন্না ইনশিল্লগা নাকল অমদা উকক্কী ওৎ থাখি। হৌজিক উকৃদু লেঙখিদ্রে। শান্তনু মনুংদা অমুক চঙলে। নোং লেপ্তে, হেন্নদুম অমুক কনখৎলক্লি। ফজনা পোৎথাবা ফংদ্রবসু মহাকপুদি চোকথবনা নমদা তৃমহল্লে।

শান্তনু মীকপ থোরকপদা ইঙাও ঙাওই। নোংদি হাংখিরল্লে। গাড়ী লেপ্লি, অদুবু ঙংবদি হেল্লি। মহাক য়াম্না মিপাইরম্মী, মরমদি মাঙদা ফম্বশিংদু লাউনরকখি—' চোংথৌ! চোংথৌ! গাড়ী চেপ্লে! ' কন্না লাউখিবদু ড্রাইবর মাল্লি। দ্রুঙ, গদ্রং- গদ্রং! অহৌবা মখোলনি। শান্তনু উকৃদা য়ৈশিনবগী চৈনা অমা ফংখি। অদুগী তুংদা করি থোকখি হায়বা মহাক করিমত্তা খঙখিদ্রে।

শান্তনুনা জ্ঞান তারকপদা মশাদি হান্নগুম উকৃ মনুংদা অদুম লৈরল্লি, লেঙবদি ঙমদ্রে। মশাপৃম্বা নাদবা মফম য়াওদে। মমীৎ ফজনা পাঙবা য়াদে, ইফা ফাজিল্লি। উকৃগী নাকল অনীমক্তা ই,লাং, উনা- উশা লিৎশিল্লক্লি। মহাক্না লৈরিবা মফমসি নারক- শীংলক্লি হায়বা খঙলবসু হৌগত্তুনা য়েংবদি ঙমখিদে। মহাকপু অসুক পাঙ্গল শোলহনখ্রিবসিগী মরম থীনা শোকপা মফম অমা লৈরমগনি খল্লুরগা মহাক নুংশা থীখি।

পৃংখায় অমরোম শান্তনু লেঙদনা লৈরে। হৌজিক মহাক ভাব

তারক্লে, উকূদু গাড়ীদগী শাংনা ওন্থরকখ্রে। ময়াম লাউনখিবদু নীংশিংঙি। মহাক মখূৎ থাঙ্গৎপা কন্না হোৎনৈ। পাঙ্গল খজিক্তং লাক্লে। মহাক হৌগৎতুনা ফল্লম্মী। স্বরদি থবেৎ থবেৎ হোল্লম্মী। অমম্বদুদা মহাক্না মা মাদুনা য়েংঙি। খূদোপ,ঘড়ী, ফুরিৎখাউগী পর্স অমসুং মোন ওইনা শিজিন্নখিবা এয়ারবেগ মাঙখিবা য়াওদে। বেগকী মরীনা ঙকশমদা য়েৎশিল্লম্লে। শান্তনু কোক ঙাওরকপদগী অমুক হিপথরে।

পূং অমরোমগী তুংদা শান্তনুনা উকূ নাকন্দগী অনকপদা হৌরিবা উশিং ময়েক শেংনা উবা ঙম্লে, নোংঙাল্লকপগী খুদম্নি। মহাক মঙক লিৎথোক্তুনা মায়কৈ য়েংলম্মী। উনা, নাপী অমসুং লৈমায় ইচোৎ চোৎলি। ফুরিৎ-খোঙগ্রাউ ঈনা লুপ্লে। য়েৎকী পীশুম কায়বদগী চেন্থরকপা ঈনা নাখোঙ অমসুং ঙকশমদা কংলে। মদুনা মমিৎ পাঙবদা নুংঙাইহন্দবনি হায়বা শান্তনু খঙলম্মী। মহাক অমুকসু মশা পূম্বা নাল্লগা য়েংঙি। অপোম- অতঙ খরা নত্তনা থীনা শোকখিবদি লৈত্রে। মশাদি ইপোপ পোপ্লি। মহাক তেঙবাং ঙাইদুনা লৈনীংখিদে। মরম অদুনা চাংয়েংদা উকূদগী মঙক লিৎথোক্তুনা উপ্রাক্না শিৎপা হৌই।

মিনিট তরা চঙনা য়াম্না ৱানা শিৎপদগী লম মঙারোম নারক্তুদা লাপথোক্লে। মথক্তা গাড়ী চিংখৎপগী মীয়াম অমা লাঙবা তায়। সড়ক্তগী য়ামদ্রবদা ফুট চনীরোমদি ওন্থরকখ্রে হায়না শান্তনুনা পারম্মী। গাড়ীগী মীশিংদগী মহাক থৈদোক্লগে খল্লম্মী।

শান্তনু উচিন নাচিন লেপ্পা ঙম্লে। মহাক লেংবান্দা বেগ য়ান্দুনা নাপী অমসুং উশাগী মতেং লৌদুনা চৎপা হৌরম্মী; খজিক খজিক শিৎপনি। মিনিট মঙা খুদিংগী পোৎথাই। অদুবু, মাইল মখায় অমরোমদি অশোঙবা নারক্তুদা লাকখ্রে। চৈনা খাঙবদা অরাম্বা ফাওদে। পূম্নমক্কী মথক্তা মহাক মীরোৎনি হায়বা কাউদে। হৌজিক মহাক আসাম ষ্টেটকী ঙমখৈ মনুংদা লৈরিব্রা নত্ত্রগা মিজোরামগী; করিমত্তা খঙদে। অদুবু চৎনবদি হোৎনরি। পূং মাপলগী নুমিৎ য়েংলগা মায়কৈ লেপ্লদা মহাক মখা পাংনা চৎলি।

শান্তনুনা নারক্তগী ফাওদোরকপদা অকোকপা কিহোম চীংলৌ

অমা উরম্মী। ময়ায়মক্তা অপিকপা শঙ অমসু লৈ। মহাক য়াম্না ব্বানা লৌশঙ য়ৌনবা চঙশিল্লি।

মপাল্লোমদগী চেকশিন্না থিংলম্বা থোঙ শান্তনুনা হাংদোক্লে। মনুং চঙবদা মহাক হরাউবনা অব্বাবা কাউখি। অচৌবা চফুদা ঈশিং থন্না য়াওরি। লৈরঙ ময়াদা শীং লৈ, অদুগা শগাই লপ মথক্তা চফু মরিসু লৈ।

শান্তনু খুদক্তা মৈ থাগত্তুনা ঈশিং লুমখি। অশাবা ঈশিংনা মমিৎ মমায় ফজনা তাথোক্লে। ঈ তৈরবা ফুরিৎসু শূদোকখি। মচিন- ময়া শেংদোক্তুনা বেগতগী বিস্কুইট লৌথোক্লগা চাবা হৌরম্মী। কুইনা শৌহল্লবা ঈশিং পেন্না থকপা ফংলে। মহাক ফজনা পাঙ্গল কনখৎলক্লে। চৎপা কিরক্ত্রে। মহাক শঙ অদুগী মপু অমসুং ঈশ্বরবু থাগৎলম্মী।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা শান্তনু শঙদগী থোরক্লম্মী। মহাক কন্নদি চৎপা ঙমদ্রি । হাব্বাগাড়ী চেনবা লম্বী তম্না লাকপদা লোক অনী লাল্লকখ্রে। চাউরাক্লা কিলোমিটর অনীরোম, চীংচেপ্তা লাক্লবা তুংদা আইজল য়ৌবা অচৌবা সড়ক ফংলে।

শান্তনু সড়ক মচিগী উরুম অমদা গাড়ী ঙাইরম্মী। আইজল চৎকে হায়বা ব্বাখন্দগীনি। মহাক সনা খূদোপ লৌথোক্তুনা আই. কার্দকা লোয়ননা অন্দরপেন্ট ফুরিৎখাউদা চেকশিন্না হাপ্লম্মী। অতোপ্পা মীশিংবু মাঙনবা তৌরুবা নত্তবনিনা মতম মতমগী মশা লিৎনবা অরোনবা অমসুং ওইদবা ব্বা ঙাঙবদা দোষ লৈফম থোক্তে হায়বা মহাক কন্না খল্লক্লে। লাইবক, খজাই, অমসুং খদাংগী তকফাৎ- হুবাৎপশিং উহন্নীংদবনা মহাক গমশানা মমায় কুপশিল্লম্মী। খোঙগ্রাউ অমসুং খোংউপ, লৈবিক উফুল য়াম্না তোৎলে, মহাক্লা ওইহন্নীংবা শক্তম, মোত্তাই- শুদাইনবা হাযবদুমক চপ চানা থোক্লবনি।

মিনিট তরারোমগী তুংদা বস অনী তুং- মাঙ, ইরাপ লাপ্নদনা লাকই। শান্তনু লেপখত্তুনা মথং মথং খাল্লম্মী। অনিমক ইথৌ থৌশাদনা লাম্থোকখি। মীকুপ কাংদনা লাকখিবা কার অমত্তনসু মঙোন্দা য়েংবীরমদে। পূং অমরোম মহাক্লা গাড়ী খাম্নবা হোৎনরুবা অবেম্বা তাখি। মমৈথংদা মহাক নুংশা থীরক্লে। অরাম-খৌরাংবসু ফাওরক্লে। খোঙনা চৎপা তাবিব্রা?

ওইথোক্লরোই। শিলচররোমদা হনবসু পামদে। চীংগোন্দু নোংনা ইমম মমশিল্লক্লি। হোৎনবা লেপ্পা য়াদ্রবনি।

হন্দক্তি শান্তনু অহাংবা টাটা ট্রক অমা লাকপা উরে। দ্রাইবরগা লোয়ননা মী অনী তোংলকপা উই। শান্তনু মপূক্নীং নুংশিনা গাড়ী খাল্লম্মী। হেন্দোক্নুনা চৎকে তৌবিবা দ্রাইবরগী মশক যেংলগা মহাক কন্না লাউরম্মী —‘ অমুক্তা খাম্বীয়ু, খরা য়াওজগে। ’

দ্রাইবর ব্রেক ফাদুনা লেপ্লগা মঙক থিন্দোক্নুনা হংলকখি, “ হো কদাই য়ৌগদবনো? ”

“ আইজল য়ৌগদবনি। ” শান্তনু নকশিল্লি।

“ ঐখোয় মরক্তা লেপকদবা য়াম্না লৈবি, অতোপ্পদা চৎপনা ফগনি। ”

“ চাম্মরক লেপ্লবসু য়ারে, ঐ য়াওজরগে। ”

“ মমাঙসিদা কাখৎলক্লো। ” দ্রাইবরদুনা থৌজান খরা উৎলকখি।

শান্তনু হরাউরবসু মখোঙদি লূল্লি। মহাক তহ্‌া তহ্‌া কাখৎপা ঙমদে। দ্রাইবরগী তুংদা, মী অনীগী মরক্তা মহাকপু ফমহনখি। ফম্মিন্নবশিংনা মঙোন্দা ফল্লপ ফল্লপ য়েংবগী মরম মহাক খঙদবা নত্তে মহাকপু ফুরগা হুন্দোকস্বা ওইনা উরমগনি। অব্রাংবা চীং লম্বীদু গোলাই অমগী মথংদা গোলাই অমা, অকা- অকূম, অমুক্তা চুম্না চত্তে। অদুবু গাড়ীদি য়াঙনা থৌরম্মী। শান্তনু ৱা করিমত্তা ঙাঙদে। আইজলসি মিজোরাম ষ্টেটকী কোনুংনি হায়বসিতনি মহাক্না খঙলিবা। লমদম অসিদা মহাক্কী খোঙ্গুল তাবা অহানবা ওইগদৌরি। ছাত্র ওইরিঙৈদা মিজো মরূপ- মপাং কয়াগা তিন্নরকই। হৌজিক্তি মখোয়গী মমিং মথা অমসুং খুঙ্গংশিং লোইনা কাউখ্রে। মহাক আইজলদা করম্না লৈরুগদৌরি খনবদা মশাবু অঙাং মচাগী থাক্তা হন্থহনখ্রে। ঙাঙদবনা খ্বাইদগী ফরে খন্দুনা মহাক তুমিন ফল্লম্মী।

দ্রাইবর শান্তনুদা লৈশিল্লগা হংলকখি, “ মরূপ্তি করি লমগী মৈতৈ ওইরবনো? ”

“ পোকফমদি মণিপুরনি। অদুবু আসামগী অতৈ লমশিংদা, মরুওইনা গুৱাহাটীদা অদুম চাউরকখ্রে। ” শান্তনুগী পাউখুমসি চয়েৎনরপ

তায়।

“ মিংদি? ”

শান্তনু হন্দকসু শোষ্থাংনরপ খুম্মী “ দিলিপ। ”

“ করি থবক তৌবীবগে? ”

“ শিনফম নাইবা জাৎ নত্তেদা, অফং অফংবা শুরগা হিংনবা হোৎনজবনি। ”

“ ইমুংগী নুপী অঙাংশিংদি কদায়দা লৈরি? ”

“ ফিভমসিদা য়ুমকা পানবা য়াদ্রিদা। ”

“ য়াম্না কোম্না হিংগে খনবীরেদনা। ”

দ্রাইবরনা নোকপদা অতৈসু য়াওই।

য়েৎলোমদগী নুপাদু শান্তনুগী শকফম হায়ফেৎ য়েংলগা হায়, “ নুংঙাই- য়াইফবা, ইবুংঙো- ইবেম্মাশিংনা হেনমন্না নোল্লকপদা করেম্নবা মানবসু লৈবনি। ”

শান্তনু মঙোন্দা হায়রি খঙনা খুম্মী,“ ফনা কন্না হোৎনরবসু ৱাংখৎপা ঙম্লরোইদবা পুন্সিনি। ঐখোয়দগী হেন্না তোনবা লৈরম্লরোই। ”

চোকথবনা ঙাওনীংদ্রবা নুপাদু মখা তারকখিদ্রে। মখোয় মরিমক তুমিন তুমিন লৈরম্মী। লম্বীদা পনগদবা য়াম্না লৈ হায়খিবদু দ্রাইবরনা কাউরম্লোই, অদুবু খাম্বদি লৈত্রি। পঙশিন্নবদগী অঙাওবা তাবসু লৈবনি, শান্তনু তুংগী ৱাখন্দা লাকই।

শান্তনুনা হংলকখি, “ ময়াম্বু মণিপুরগীরা, কাছাড়গীরা? ”

দ্রাইবরনা খুল্লকই, “ মণিপুরদগীনি। ”

“ লৈফম-লৈকাইদি তিন্নবিব্রা? ”

“ তিন্নদে, তোঙান তোঙানবা খুন্দগীনি। ”

“ ইয়াম্বা হায়সিরা, মরূপ কৌসিরা, লংফৈ হায়বসি লাইরবশিংগী পূনফম্নি। ” ওইগী নুপা য়াওশিল্লকই।

“ করি থবক্কীনো ময়াম চৎপীরিবসিবো? ” শান্তনু ৱাহংদা থৱাই য়াওশিল্লি।

“ ঠিকাদারগী থবক শূবনি, চীং লম্বী শেম্বা। হান্না মী য়াম্না চঙনখ্রে। ”

“ মফমদি? ”

“ সায়া হায়ব্রা সাইহা হায়ব্রা, অদোমদনি । বঙ্গলাদেশকা নক্করমাল্লে। লম্বীদু তুইবাই তুরেল অচৌবা লাল্লগা মণিপুরগী পারবুংগা শম্নহনগদবনি হায়। ঐখোয়সু চৎলিবসিনা অহানবনি। হয়েং শূরুরগা খঙবা হায়বদুনি। ”

শান্তনু মখা তাদ্রে। মথন্তা ব্রাহং কয়া হংজরম্মী। পাউখুম অমা ফংলবগুম মশাদু খরা য়াংথোরকখি। মহাক কন্না উইরক্লে।

শান্তনু তূন্নুবদগী মীকপ থোরকপদা ইঙাও ঙাওই। মচু কয়াগী বিজলী মঙাল, অপাক অপাকপা সাইন বোর্দশিং, ক্রিক ক্রিক ইন্ননা চৎলিবা মীশিং, নাল্লবা য়ুমশিং উরে। নীংথিজরবা চীংগী শহর অমদনি চঙলক্লিবসি। মদু শোয়দনা আইজল ওইরম্লগনি হায়না শান্তনুনা লেপ্লে। ঘড়ী য়েংবদা পূং নিপাল তারম্লে ।

“ মরূপ্পু আইজলদনি হায়বদাইনে। কৃম্বীবা য়ারে। ঐখোয় টাউন মনুং চঙজররোই। মথং গোলাইদগী লম্বী খাইথ্রগদবনি। ” ড্রাইবরনা মফম চাবা য়েংদুনা গাড়ী খাল্লগা লাউনা হায়রকই, “ ময়ামসু অচা- অথক, দরকার লৈবা পোৎচৈ খরা লৈখিসি। চীংনুংদদি ফংবা ব্রারগনি। ”

শান্তনুগা লোয়ননা মখোয় অহুম কূমথরে।

“ ভারাসিবু কয়ানো পীজগদবা? ” শান্তনুনা হংঙি।

“ এ, ক্বা চানবা খরা হেক থম্বীরম্মু। ” ড্রাইবরনা হায়।

“ য়ামদি য়ামদ্রে, কুম্ভ্রাখক্তনি। ” শান্তনুনা পী।

শান্তনু লম্বী মতাইদা চৎলি। লাপথোক্লবা হোৎনদে। অনকপা হোটেল অমদা চঙদুনা তলগা চাগা কৌরম্মী। মহাক তহা তহা চায়। মফমদুদগী লিটর অনীগী ঈশিং বোটল অমগা বিস্কুইট পেকেৎ অচৌবা অনীগা লৈরগা থোরক্লে। মহাক তোংলকখিবা গাড়ীগী নম্বর অমসুং থাফম য়েংদুনা অমুক হল্লক্লে। মরূপশিংনা পোৎ-চৈ লৈখিবা ঙাইরিবা ড্রাইবরগী নাক্তা শান্তনু চঙশিল্লকই।

“ করি কাউরম্লবগে? ” ড্রাইবরনা হংঙি।

“ ব্রা অমত্তং হায়জগে। ”

" করিনো হায়বীয়ু। "

" ঐ থবক থিজরিবনি। নুংশিবীদুনা চৎনরিবসিদা ঐবুসু খরা য়াওহনবীয়ু। "

" য়াই য়াই, মীগী ৱাদি য়াম্না ৱাৎলিবনি। " দ্রাইবর ইশম শম্না হায়।

শান্তনু নক্না লৈবা ফার্মাসী দুকান অমদগী হীদাক খরা লৈরবা তুংদা খাটা বোই অমগা কলম অমগসু লৈরে। মহাক গাড়ীদা কাখত্তুনা ফমখ্রে।

নুপা অনী পোৎ-চৈ লৈবা লোইদুনা হল্লক্লে। মখোয়না শান্তনু অমুক ফমদুনা লৈরম্বা উবদা ঙক্না য়েংলকখি।

দ্রাইবর গাড়ী থৌরে। ফম্মিন্নবা নুপা অনীনা খঙনীংবদু উবদা শান্তনুনা হায়, "ঐ ইচিল- ইনাওশিংগা থবক শূমিন্ননবা তুংইঞ্জরবনি। "

মখাদি দ্রাইবরনা শমথৈ," ইনাওশা, মহ্নপসি থবক্তু য়াওগে হায়রে। ঠিকাদারগীদি লেবর চাম্মদগী তাদনা পুরক্নবা শিন্নরকপনি। হাওরাৎসু পীরকই। ঐনা খনবদা হৌজিক ফাওবদা মী হুম্ফুমুক্তি চঙখ্রমাল্লে। শেন্দা চাউবা চাউদবদি শূরগা খঙবা হায়বদুনি। ঐখোয়গী ঠিকাদারদু আইজলসিদগীনি, অদুবু মশাদি হৌজিক গুৱাহাটীদা লৈ। ঐনা মাগী থবক য়াওরকপসি চহী নিপাল শুরে। "

ফম্মিন্নবা অমনা শান্তনুদা হংঙি," তামোগী মিংদুবু ...? "

" দিলিপ। " শান্তনুগী খোঞ্জেল থোক্তবগা অমহানি।

" তামোবু মমাঙদসু লম্বীগী থবকসি য়াওবীখ্রব্রা? "

" য়াওখিদ্রি। "

" করিনো, য়োৎপাক- গযন্তীগী থবকপু ওজা নাইব্রনে? " দ্রাইবর মরক থৎলকখি।

ফম্মিন্নরিবা মতুংগী নুপা অহুম্মু ঙাওনবা মতম পীদনা দ্রাইবব মখোয়গী ঠিকাদারনা তৌবা ঙম্বা, ইনাক খুনবা অমসুং পুকচেল চাউবগী ৱারী চৎথৈ। হৌজিক মখোয় অচৌবা সডক থাদোক্তুনা খরা পিকপা লম্বী অমদা লাকখ্রে। পূং অনীরোম থৌরকখ্রে। চীংনুং উমংগী লম্বীনি, চিকপগী চাং হেনগৎলকখি। নোংয়াই লানখ্রে। দ্রাইবর লেপ্তুনা গাড়ী থৌরবসু নুপা

অহুম কন্না তূমখ্রে।

মথং নুমিৎকী অয়ূক্তা মখোয় লম্বী মপানগী অপিকপা হোটেল অমদা চাক চারবা তুংদা গাড়ী অমুক থৌরকখি। কোক ঙাওবা অমসুং চোকথবনা শান্তনু গাড়ীদগী কূমথনীংদ্রে।

নোং লেপ্তুনা চুবনা মরম ওইদুনা মফম কয়াদা, সড়ক্কী মথক্তা মখাদা কিন্থবদগী মখোয় পোৎথা-পোৎথা চৎপা তাখি। মরিনিশুবা নুমিৎতা তুইবাং তুরেল য়ৌরে। মদুবু হিনা লান্থোক্লগা শান্তনুখোয় জীপ্তা অমুক চৎকদবনি হায়না দ্রাইবরনা তাক্লম্মী। মখোয় গাড়ীদগী পোৎ-চৈ খবা লৌথরে।

অমম্বা অহীংদা, মপোৎ লূপ্লবা হিনা অকনবা ঈচেন্দা তুবৎ, লূপফেৎ লূপফেৎ লাল্লকপদা শান্তনু শ্বাই-শ্বাই পাখৎলম্মী।

তুরেল ৱাংমা তোর্বান্দা ঠিকাদারগী জীপ অমা লেবরশিং চঙলকপা ঙাইরম্লে। জীপ্তুগী দ্রাইবরগা পোৎ থিল্লকপা ট্রক্কী দ্রাইবরগা ৱারী-শান্নবা লোইরে।

নোংয়াই মতমদা শান্তনুখোয় শুক্লবা উমংগী অখুবা লম্বী মখাদা শাবা শঙশাঙ অমগী মনাক্তা গাড়ী খাল্লম্মী। শান্তনুবু গাড়ীগী হোর্ননা হৌদোক্লকপনি, কন্না তূম্লুরে। মহাক শাথীনা ঙাওরি। শঙদগী নুপা অহুম চেম্থোরকই। শান্তনুদা দ্রাইবরনা খাউ অমা শিন্নরম্মী।

" মনুংদা কম্পোর অনী কাঙখল অমা য়াওরিবনি, অদুগা ফুরিৎ খোঙগ্রাউ অদু থবক শূবদা শেৎনবা য়াগনি। হয়েং চৎলমদাইদা মোহোরিদা শিন্নবীরম্মু। " দ্রাইবর চেঙ লৌথরিবা নুপা অহুমদা অমুক ওনশিন্দুনা হায়, " মরূপসি ময়ামগা থবক শূমিন্ননবা লাকপনি। য়াওহনবীরো। ঐ মখা খোলাদা মী অনী থিল্লুখিগে। হয়েং নুংথিল
ওইনা হাইগৎলক্কনি। "

গাড়ী থৌখ্রে। ইমম মমহৌরে। শান্তনু মায়কৈ খঙদে, ইঙাও ঙাওই। চেঙ থাঙলিবা নুপা অহুমগী তুংইন্দুনা মহাকসু খোলা শঙ মনুংদা চঙলম্মী। ময়ামদু চক্ক- উনা মথক্তা ফি থারগা তূম্নরম্মী। মওং তানা হিপফম শেম্নবা য়াওদে, মখোয়সু লাকখিবা কুইদ্রিবা মাল্লি। মী খরদি শান্তনুদা মঙক

থাঙ্গত্তুনা য়েংনরকখি। নুপা অমনা তূম্ফম শীনবা য়েংলগা শান্তনু চঙশিন্দুনা অহাঙবা কাচিন অদুদা বেগ অমসুং খাউ থম্লুরে। ময়ামদু কাঙখল খনবসু য়াওই, খন্দবনদি য়াম্মী।

শান্তনু কাঙখল খল্লগা তূম্ফম শেম্লে। মহাকসু মাঙগী তুংগী ৱা খল্লুদনা তূম্নবা হোৎনবম্মী।

নোংঙাল্লে। খ্বাইদগী হান্না হৌগৎপা অহুমগী মনুংদা শান্তনু যাওই। মথং মথং হৌগৎনরকপশিংনা মঙোন্দা মুন্না মুন্না য়েংঙি। চীন- যা শেংবা, মায়- মীৎ তাবা লোইনরে। শান্তনুনা মীশীং থীবদা মশাগা থানা কুন্নিপাল শুই। নুপা অনী নত্তনা অতৈদি মহাক্না হনগনি। পাখংশিং অদুনা ফাগি জোগাইদা ঙাংন- শানবা, লাউন-খোংনবদা নোক্লীংবা কয়া য়াওবি। চীংনুং খোলা অমসুং সিফাই বেবেক অকাম- অপেৎকী ৱাহে শুংফম্নি হায়নবিবনি।

পাখং মরিনা মৈ থাগত্তুনা চাক থোংগৎপা হৌবে। হান্না শীন্দোক্লখিবা মাল্লি, হায়নবা নাইখিদে। নোংনা চোৎলবা শীং চাকহন্নবা হোৎনবদা মখোয় স্বর হোন্দনা কাল্লি। মমায় ঙাংশং ঙাংনরে। অনেম্বা শঙশাং ময়া অকোকপা লৈরঙ মফমদগী হাইগৎলকপা মৈখুগা লৈচিলগা পূনখিবদা চীংগোন্দু ইমম মল্লে। শান্তনুনা খল্লি, কালেন্দবু অসুম তৌব্রনে? নোংজু থাদদি করি থোক্কনি।

চাক ঙাইদুনা, লৈরঙদগী লাপ্তক হন্দোক্তুনা, শান্তনু মহাক্কা চহী লেংগা ওইবা নুপা অমগা উশাং অমদা ফমদুনা ৱারী শান্নরম্মী।

নুপাদুনা হায়," হৌজিক খোলাসিদা লৈরিবসি ঐখোয় কুন্নিপাল শুরে। কি.মি. মরিরোম চৎলগা অমসু লৈ। মখোয়গীনা মী খরা হেল্লমগনি। থবকসিগী অশেংবা ঠিকাদারদি আইজলদগী মিজো নুপা অমনি। মমিংদি খঙদে, অদুবু য়াম্না চাউবা ঠিকাদার ওইরমাল্লে। অদুগা হৌজিক ঐখোয়না থবক শূরিবসিনা সব-কনট্রেক্ট লৌবা মৈতৈ মচা অমগীনি, মশাদি ইম্ফালদগীনি।"

"কনানো মণিপুরগী ঠিকাদার অদুবু?" শান্তনুনা হংঙি।

"মমিংদি খঙদে। মশকপুদি খঙলক্লে, শিলচরদা ময়াম ঙাইনরিঙে, ঐখোয়না গাড়ী তোংলমদাইদা উখ্রে। মৈতৈ মচা লেবব

পূম্নমকসি মহাক্না মফম কয়াদগী খোন্নকপনি।”

শান্তনু ৱারী লেপ্তুনা হৌগৎলকই, মঙোন্দা মখা হংথরক্কনি খনবদগীনি। মহাক শঙদগী খরা চৎথোক্লগা মায়কৈ মরিমক্তা থৎতুনা লৈরিবা চীংজাউশিং, অদুগা থাপ্না থাপ্না তারিবা খুল খরদা য়েংলম্মী। অচোৎপা লৈমায়, মনিল পুবা নুংশিৎ, অমদি নুংশাবু থত্তুনা থন্নিবা অমুবা লৈচিল মপৈ- মপৈনা মরম ওইদুনা শান্তনুগী ৱাখল ইফা ফাজিল্লি। হঙোই, কৌজেং- হারৌ অমদি উরিৎশিংনা খোংবদু নোং কৌথবা মাল্লি। শান্তনু শঙনুংদা থবক শূবদা শেৎনবা মফি হোংদোকপা চঙলক্লম্মী।

ফিজোলনা শান্তনুবু লেবর মালহনবা ঙমদে। পাখং খরনদি মঙোন্দা য়েংবা তোক্ত্রি। শকখঙনবা ৱাৎপগী অথিংবা লৈরমদ্রবদি মহাক ৱাহং কয়াগী পাউখুম পীরম্লগনি।

শান্তনু হান্না ফম্মিন্নরম্বা নুপাদুগী নাক্তা অমুক লাকই।

“থবক শূরুগদৌরিবা মফমসিবু কয়া লাপ্লগে?” শান্তনুনা হংঙি।

“লাপ্তে মখাসিদা লৈরে। ঈশিং ফংফম য়েংলগা খোলাসি শাখিবনি। কাঙসু মথকসিদনা খরা ফৈ হায়নৈ।”

“অস! ফখ্রেদা ঙরাং দ্রাইবর মরূপ্তুনা কাঙখল পীবীরম্বা।” শান্তনুনা শোল্লি।

“দ্রাইবরদু য়াম্না ফবনি, ইচম চম্বনি। মিজো ঠিকাদারগী থবক মফমসি য়াম্মাল্লে। দরকারগী মতুং ইন্না মহাকপু মফম মফমদা থবক্কী ফিভম য়েংবা থাবজাৎনি। গাড়ীদুগা মাগা থানদ্রে হায়। কুইনা লৈরবদি অৱাৎ-অপা মঙোন্দা চেনবা য়াগনি।”

পুজারীশিংনা চাক লোইবগী পাউ পীরক্লে। ময়ামদু চাক চানবা ইরাঙ লাঙনৈ। চাকলুক লা পরেং থাবদু য়েংলগা শান্তনু তপ্না তপ্না চঙশিল্লম্মী।

# ১২

শকুন্তলা নুংঙাইনা তূম্বা ফংলক্তবা কুইবে। মঙ- হা ইচোই চোই। পুক্লীং-ব্রাখল লৈতাফম খঙদে। অথিংবা মযাম্না কোযশিল্লকই। পুন্সি মহিং জেলদা লৈবা মানশিল্লক্লে। মহাক্কী ব্রা তান্নবা যাবা মপাম মায়কৈগী নক্লবা মরী হায়ববু মামতোন অহল নত্তনা কনাসু লৈতে। গম্ভীরগী মবীবোমদনা হেন্না তাঙখ্রে। অব্রাবা ফিভমসি কনাদা লীরুগনি? মপুরোইবগা তিন্নরম্বা থাজবা মরূপ কনাবু খনগনি? নকশিল্লুগদবা পঙকিদা কিরে। উকিল মনিগী লোনচৎতগী মহাক পারা অমা ফাখ্রে। অঙম- অথৌ, পুলিস, মন্ত্রী মহাক্না চিংনদবা য়াওদ্রবনি। ব্রাখলসি কদায়দগী থোরকখি, কনাদা তাইনগনি? মহাক্কী চহী মতাং, লাইবক্না শেম্বীবা পুন্সি খোঙচৎ অমসুং শকফম্না য়েক্লবা ওইনা চোংথোক্লকপগুম তৌই। মহাক মশাবু লাংদগী নাম্থোকচনবা হোৎনবগী মথক্তা মচানুপীগী খুরৌসু থওইদবা য়াদ্রিবনি।

শকুন্তলানা শান্তনুদা চিঠি থাখিবা নুমিৎ তরানি শুরক্লে। চিঠিদু মখূৎ য়ৌদুনা শোয়দনা পারম্লগনি খল্লম্মী। মরম অদুনা পাউখুমগীদমক মঙোন্দা লাংতক্লবসি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। মখোয়গী খুরাতোনসু গুব্রাহাটী য়ৌদুনা শান্তনুগা ব্রারী কয়া শান্নরম্লগনি, খন্নবা য়াবা খন্নবম্লগনি। করিগুম্বা মহাক্কী পুক্লীংগী ব্রারোলবু শান্তনুনা তাবীরম্লবা, হৈনীংবা খূৎনা পাউখুম ইরক্লবা, মখোয়গী ইমুংদা চেম্লিবা দষাগী ঈরৈ কোক্লবা পূংফম লাক্লগনি, মসিনি মহাক্না খৌরাংলিবসি।

অমরোমদনা, বালাগী তয়াংতশোইবা মতৌনসু শকুন্তলাবু হেন্না হেন্না ব্রাহল্লি। মহাক নুংশা থীখি। মকোক মনুংদা শান্তনুগী মিং পিক থন্না লৈরবসু মচীন্দা পনবদি ইঙম ঙমদ্রে। মচানুপীগী খোঙথাং অরেপ্পা অমগা লোয়ননা চঙশিল্লক্লি। মসিগী খুদম প্রমাণ য়াম্না উরে। পরীক্ষা হায়দোক্লগা কদায়দা, করি তমগনি হায়বগী ব্রাখল বালাদা ইরে লৈতবগুম তৌই।

অয়ুক্তা বালা মাঙ্গোন্দা খবর পারম্বদগী তফিং তফিং ইমুংদা চঙলকখি।

" ইমা! য়েংঙু করিনো পাউসিবো! "

" করি য়াওরবগে? " শকুন্তলা শ্বাই লাউবগুম য়েংলকখি।

" শান্তনু হায়রিবসিবু ওজা শান্তনুদু নত্তব্রনে? " বালা পাউ য়াওফম তাকই, " সি য়েংঙু! হে ভগবান! "

মমানা বালাদগী খবর-চে লৌরগা পারম্মী।

' গুৱাহাটীগী আই.আই.টি. দা ওজা ওইবা মণিপুরদগী মৈতৈ মচা ডা. শান্তনু হৌখিবা ইরাই নুমিৎতগী মফম খঙদনা মাঙখ্রে। মহাক মশাগী ক্বার্টর্স শো লোল্লন্নগা থোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্তবনি। মহাক মাঙখিবদগী ইন্সটিট্যুৎ অসিগী ছাত্র অমসুং ওজাশিং য়াম্না মিপাইনরে হায়রি। '

শকুন্তলা ব্রাম্ববমক নত্তবসু ব্রাদি ঙাঙথোকপা ঙমদনা মচানুপীদা শংত্রিক য়েংদুনা লেপ্লম্মী। বালা মমাগী থৌনা লাকপা ঙাইরি।

" সিদি করিনো? " শকুন্তলা পাঙ্গল খোমজিন্দুনা তপ্না শোল্লকই।

" ইমা, পাউসিগী অকুপ্পা মরোল কনাদগী , করম্না খঙবা ঙমগনি? " বালা মমাগী মশা নোমদুনা হংঙি, " ইমানা ওজা শান্তনুগী খুরাতোন অহলদু গুৱাহাটী চৎখি হায়খিবদাইনে , মহাকপু হৌজিক হল্লকপা মতম য়ৌদ্রিবরা? পাউসি মঙোন্দগী খরা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমগনি খল্লি। "

শকুন্তলা অৱাবগী শাংলবা স্বর অমা হোল্লম্মী, " মাঙখ্রবা মীগী লীখুন খঙদ্রে হায়রিবনিনা মখোয়দসু অহেনবা পাউ লৈরমগদবা মান্দে। অদুগা ব্রাফম অমনা, অহল অদু হল্লক্লবদি ঐখোয়গীসিদা শোয়দনা লাক্কনি। "

পাউ অসিনা মমা অমসুং মচাদা পীখিবা অৱাবগী চাং হায়ফেৎ মান্নে, য়াম্নসু ব্রাংখ্রে। করিগী অমসুং করম্না মাঙখ্রিবনো হায়বা ব্রাহংগী

পাউখুম শাগৎপদি তোঙান তোঙাল্লি। মমাগী অৱাবা পাউখুমদা নীংঙমদবনা ইন্নে , মচাগীদনা ইকাইবনা।

শকুন্তলা হঞ্জিন- হঞ্জিন খল্লম্মী —‘ চিঠিগী ৱারোন্দুনা ইচম চমজবা মীশক অমদা ইকাইবা পীখ্রবা জাৎলা? করিসু লৈতবী ঐগুম্বী অমগীদমক মমল লৈববা শান্তনুনা নীংবা কায়ফম থোকপ্রা? মসিদি মীনা তাবগা নোক্লীংগদবা ৱানি। অদুদি, মরন্নাই কবি ৱাথোক লৈদুনা লৈবাক্লা খোঙ্গৈইননবা লোৎফম থোক্লিবগে? ’

বালানা ৱাখল অসি কাউবা লৈতে —‘ মীগী অশেংবা পুকচেল খঙদনা করম্না অদুক থুনা ফোংদোক্লুবিবা, ওম্ফোক্লা ইকাইজখ্রেদা। অঙাং ইওই- ওইনা তৌঙম্বীনি হায়না শোয়দনা খল্লম্লগনি। ৱাখল থেনবী কৌনরিবা ময়াম অসিদগীসু ঐনা খরা মহেল্লবা জাৎনি। ফরে, মহাক্লা লোৎখ্রিবসিদি পামজদবা খূদোল অমা থৈদোক্লবনি হায়বা য়াবিব্রা? প্রমাণ চাদবা ৱাফম্নি। অদুদি করিগীনো লোৎখ্রিবা? ইনষ্টিট্যুৎকী ওথোবিটিনা মহাকপু থিবদা মীযামগী মতেং ফংনবা পাউ-চেদা ফোঙদুনা অবোন- অফোং লম্বী কয়াদা য়েংলিবনি। করিগীনো মতাংসিদা মহাক্লা অসুক লুবা পাউখোং অমা চল্লিবা? মহাক্লা তৌখিবা থবকশিংনা মীনুংসি চাউবা মীশক অমনি হায়বদি তাকখ্রবনি। অদুবু ঐগী থম্মোযগী শেংলবা ৱাকৎপু তাবীদবা অমসুং থৌশাবীদ্রিবসি য়েংলুরবদি মহাক নুংশি মশক খঙদবা পুকচেল কনবা মীসু মাল্লি। অমবু ওইরো, অমবু ওইবো ওজা শান্তনু তাৎ চেন্দে, মশাগীদমক ওইজবা থিদে হায়বসিদি ককপা য়াদ্রে।’

বালা পোৎথাফম খঙদে, হেন্না ৱারিবদি মমাসু চানীং থক্লীংবগী অপাম্বা লৈত্রিবসিনি। ৱাদু খন্নবগী লোইবা লৈতে, পল্লেপফমসু খঙদনা।

বালানা হায়, “ ইমা, ঐখোয়গী কেশ পায়রিবা উকিলদু ওজা শান্তনুগা টেলিফোন্দগী পাউ ফাওনবা মাল্লি। উকিলদুনা করি খঙবা লৈবগে · হায়বদু অমুক্তং হংসিরা? ”

মমানা খুম্মী, “ উকিলদু শান্তনুগী অচেৎপা মরূপ নত্তে। লৈমিন্নবা, থবক তৌমিন্নবা অমসুং মরূপ- মপাংশিংদগী শান্তনু লোৎখ্রবনি, ঐখোয়দসু

মরোল হায়নীংদে। কনাদনো মহাক্না থাজবা থমগদৌরিবা, মহাক্কী অরোনবা থবক তাক্কদৌরিবা? ঐখোয়বু মীরাইরোই, থাজবা থল্লি।

" ইমানা অদুম করম্না খনবীরিবনো? "

" মহাক্কী ব্রাখল অমসুং তৌরম্বা থবক্না তাকপনি। "

করি পাশ্বেনা, করম্বা মফমদগী শান্তনুগী অশেংবা পাউ ফংবা ঙমগনি শোনবা নত্তনা মমা- মচা অনীগী উপায় উদ্রে। তুংদদি মখোয় অনী উকিলদগী লীখুন অমত্তং ফংবা ঙম্ব্রা য়েংলুরসি হায়না লেপ্লরে।

মথং নুমিৎকী অয়ুক ঙন্তা শকুন্তলা মচাগা লোয়ননা উকিলগী য়ূমদা লাকখি। মখোয় অনীনা চেম্বরগী থোঙজিন কানশিনগে তৌবগা উকিল মনিবু য়ূম্বু উকিলনা থিন্দোকপা থোরকখি। মনি নোকফেৎ তৌনা শকুন্তলাদা কৌরম্লগা করিমত্তা মখাদি তারমদনা চৎখ্রে। শকুন্তলা লেপ্তুনা খলহৌই —' উকিল অনী:সি য়ানদে হায়বা তাখি। ঙসিদি করম্না ...? '

মমা- মচা চেম্বরদা উকিলগা মায়োক্নুনা ফম্লম্মী। ঙসি উকিল য়াম্না চেকশিন্না উই।

" ইবেম্মখোয় লাকপা য়াম্না ফরে। " উকিলনা হৌরকই।

শকুন্তলানা হায়," তামো, পাউ অমত্তং খঙনীংমনখ্রদুনা লাকচরিবনি। "

" কেশকী মতাংদু ওইরবদি অনৌবা পাউ লৈতে, অদুগা," উকিল লকক তৌই, মমায়সু হাইগৎলক্তে, "হৌজিক ইবেম্মখোয় অদুমক চেকশিন্না লৈরি হায়না লৌজে; মফম অসি য়ৌনা লাকপগী কোমথোকপা মতৌসি তুংদদি তৌহঞ্জনীংদে। "

" হোয় তামো, ঐখোয়সু য়াম্না খন্নজরকখি। অদুবু খঙনীংবনা কন্না ইনশিল্লকখ্রে। "

" শোয়বা হায়বসি চীংমুক চাউনা লাক্তে হায়নরিবদুনি। ফরে, করি ব্রানো? "

" ঙসি ঙরাংসিবু তামোদা ডা. শান্তনুনা টেলিফোনকা তৌরকখিবা লৈব্রা হায়বা খঙজনীংবনি। "

" ওহ, অদুগী ওইরবদি, লৈতে ইবেম্মা। পাউ-চেশিংদগী ঐসু

খরদি তারে। মরোলদু ইবেম্মখোয়গীগা মান্নরমগনি। করিনো মাঙখ্রেবু হায়রিনে। ঐদি মদুগী মরম ইবেম্মখোয়দবু হংনীংলম্লিবনি। ”

“ ঐখোয় য়াম্না ঙকই, তামো। ”

“ য়াম্না নক্লবা, ইমুং মনুংগুম উজবা, ইবেম্মখোয়দা তাক্রবা অরোনবা ৱাদু মহাক্না কনাদা হায়দোক্লগনি? ” উকিল কয়া হৈনীংদনা ঙাঙঙি।

“ তামো, ঐখোয়না তেঙবাং নিরুগদবা মী য়াম্না তাংঙি। ওজা শান্তনুগী লমজিং- লমতাক ঐখোয়গীদমক য়াম্না মরু ওইরি। ”

উকিল হন্দক্তি শকুন্তলাদা যেংলকখি; স্বর শাংনা হোল্লগা মখা তাই,“ ইবেম্মখোয়গী লন্নাই ৱাফম ঐনা হেন্না খঙজিল্লুফম থোক্তে। ঐ মমাঙদা শান্তনুবু য়াম্না চন্বা অফবা মী অমা ওইনা উজখি। পাউ অসিনা উন্না খুন্বা পুক্কী অঙকপদু ফাওহল্লে। ফরে, মহাক্কী ৱাফমসি শ্বাইদা থল্লসি। ইবেম্মখোয় লাকপসি তান য়াম্না চারে। ৱাফমদি অসিনি, ঐ ইকুই কুইদনা মপান্দা চৎচবা তারি, থা অনী- অহুম লৈরকপসু য়াই। মরম অদুনা ইবেম্মখোয়গী কেশসি পায়বীনবা কনাগুম্বা মরূপ- মপাং উকিল অমা হায়নবীরো। ফাইলসি হৌজিক পুবীখ্রো। ”

“ ইস! ” শকুন্তলা উকিলদা ঙক্তক হায়রম্মী, “ করি ৱানো তামোনা তাকপীরিবসি! হৌজিকপু ঐখোয় কনাদা হায়জরুগনি, ঐখোয় মায়থীরে হায়না লৌবা য়ারে। ”

শকুন্তলা কপ্লীং কপ্লীং মচাদা য়েংঙি।

উকিল ইয়াং য়াংথোকই, কয়াসু থৌশাদনা হায়,“ মনিপুরদা ফর ফরবা উকিল য়াম্না লৈবনি, থোইনা ৱাবীরুনুদা। অদুগা ৱাফম অমনা, ইবেম্মনা কেশ তৌদনা তোকথোক্লবসু চরা হেনগদবদি লৈতে , অদুগী মথক্তা কেশ থাদোকপা হায়বসি লায়না- লাইমন অমা কোক্লবনি লৌনৈ। মুন্না অমুক্তং খনবীয়ু। ”

টেবল মথক্তা মরোল মরোল ৱাংনা লোন্দুনা লৈবা ফাইল মরক্তগী উকিলনা অমা খন্দোক্লগা শকুন্তলাদা পীরকখি। শকুন্তলা পাক লৌবা ঙমদে। উকিল খূৎশিন্নবা হোৎনৈ। শকুন্তলা য়ানীং য়ানীংদনা ফাইল লৌরে। বালা

মমাগী মতৌ য়েংলগা মীৎতা ঈরা চেল্লি। হায়নীংবা কয়া খাঙলগা মমাবু ফমফমদগী চিংখৎলম্মী।

“ চৎচরগে তামো, লাইবক্লা তম্বা অমা লৈরম্লগনি। ” শকুন্তলা হৌগৎখ্রে।

“ ফনি ইবেম্মা, ব্রাখল মুন্না খনবা মতম্নি। ”

উকিল ইয়েং য়েংলক্তে।

হল্লকপা লম্বীদা মমা- মচা ব্রা মচেৎ অমত্তসু ঙাঙনখিদে। উকিলনা ফাইল পীথোরকপগী মরমদা মখোয় অনীমক কন্না খনখ্রে। ব্রাখল- পরেংদা মমানা মচাদগী হেল্লিবদি উকিল মনিনা মফমদুদা লাক্লম্বগী মরম খঙনীংবদুনি।

য়ূম য়ৌরকপদা শকুন্তলা সোফাদা ফমদুনা খোইরাং খোইশাওনবা ফাথনবা কন্না হোৎনরম্মী। থা অমরোমগী মমাঙদা শিন্নখিবা কেশ মচি কাঙলমদ্রি। ব্রাথোক্তি চাউহনখ্রে; মচাগী পুন্সিদা শীংনরকখ্রে। মখোয়গী তেঙবাংগীদমক শয়েং তিংবীরম্বা শান্তনু মাঙখ্রে। য়ানদে হায়নবা উকিল অনী ব্রা- তান্নবা উরে। কেশ মশীং য়াম্লগা হরাউজবা উকিলনা করিগীদমক ফাইল পীথোরক্লিবা? শকুন্তলা মকোক্তগী, অরোইবদগী হঙ্গৎ হন্দা, হঞ্জিন হঞ্জিন নৈনৈ। ব্রাফম খুদিংমক মরম অমা লোয়নরি , অমগা অমগসু য়েৎশিন্নরি।

বালাসু খনবা য়াবা খল্লুরগা মমাগী নাক্তা চঙলক্লুনা ফল্লরে।

“ ইমা, ” বালানা হৌরকই,“ শান্তনু লৈবাক্লা শকখঙনবা মীশক্নি। মহাক অঙাং মচাগুম কেকু লোৎপী শান্নফম থোক্তে। ”

মমানা মখা শমথৈ,“ আই.আই.টি. সরকারগী অচৌবা ইনস্টিট্যুৎনি। মখোয়গী ওজা অমা মফম খঙদনা মাঙখিবগী ব্রাফম সরকারনা তরাই তরাই লৌরোই। ”

“ ককচিংগী অহলদু অমুক্তং উনবদি ফবনি, ইমা। ”

“ উনফম থোকই। অদুবু, উকিলগী ব্রাঙাঙদা য়াওরিবা নুংগী ঈচেদু খঙবা ফৈ, চেকশিন্দবা য়াদে। থাপ্লবা মফমদুদা ইমা- ইচাখক্তা ...। অদুগা, খুরাতোন্দু গুব্রাহাটীদগী হল্লক্লবদি মফমসিদা শোয়দনা লাক্কনি। ঐখোয়না

পাউগীদমক খৌরাংলমগদবসি মহাক লোইনা খঙলিবনি। অদুনা হৌজিক ঐখোয় ওজা শান্তনুগী মখা তাবা পাউ নোংম- নীনিসি ঙাইদুনা য়েংলসি। ”

বালা মমাগী ৱা য়ানীংঙি, তপথরকখি,“ অদুগা লোয়ননা মরকসিদা পাউ-চেশিংগী খূৎথাংদগী করিগুম্বা খরা খঙনবা হোৎনবদি অকায়বা লৈব্রা? ”

মচাগী য়াম্না উশিনবা মানবা ৱাঙাঙদা শকুন্তলা থাগৎনীংঙি। ৱাফমদু শৌগৎলবসু খুদক্তা পাঙথোক্লবা হোৎনবদি চুমদ্রি।

“ইবেম্মা, অশেংবা পাউ খঙনবা ঐখোয় গুৱাহাটী চৎপা যাবনি। অদুবু ঐখোয়গী ইথক্তা লৈরিবা লন্নাই অথিংবশিংসি কাউথোকপা য়ারিব্রা? ”

বালা উপায় লৈরক্লবদা তুমিন লৈখি। মমানা মহাক্কী ঙাইঙমদবা মতৌ য়েংলগা য়াম্না চাকচরম্মী।

“ কেশতুবু হৌজিক তোকথোকপা তারিব্রা? ” বালা অমুক হৌরকই।

“ অদুনি ইবেম্মা, ” মমানা হায়,“ ঐখোয়না থিরুগদৌরিবসি কনা উকিলনো, হৌজিকপু। ফাইল হন্দোরকপগী অর্থ অমা লৈরি। ”

“ ঐখোয় মায়থীরগনি খনবগীরা? ”

“ লাঞ্জরে, মায়থীরে হায়হন্নবা হোৎনরিমাল্লে খল্লিবনি। ”

“ মদু য়ারোইদা ইমা। হূরানবশিংদুনা অদুক য়াম্বা শেলবু হাৎপা য়াব্রা? ইপানা ৱানা তাঞ্জরম্বা শেলনি, ঐখোয়গী অশেংবা ইরলনি। মদুবু মীরায়বদি লৈখিদ্রবা আত্মানা যাবোই। বাবাগী হুমাংমনবু ইকাই খুম্নবা উৎপদা কেশ থেংনফম থোকই, ঐখোয় তুম্না মাঙগে মাঙখ্রসনু। কবিগী কিদুনা চেঞ্জরুনি। অচুম্ববু অরানবা তাহনবা হৌনব্রা? হয়েংদগী অফবা উকিল অমা থিরুসি। ”

শকুন্তলা মচাগী থৌনাবু থাগৎলবসু ৱাদি ঙাঙদে। মহাক কেশ তোকথোকপনা ফরে হায়বা উকিলনা পীরকখিবা ইঙ্গিৎ কাউবা ঙমদে। নৈনরুবদা অর্থ মথং মথং থোরক্লি।

“ ওজা শান্তনু মাঙখিবদা খোঙ্গুল লীগদবা অহানবা মীশকসি মহাক্কী খুরাতোন্নি। ইনস্টিট্যুৎকী ওথোরিটিসু তুমিন্না লৈরোই। ” শকুন্তলা

লোইশিনবা ওইনা হায়।

অসুম তৌফম খঙদনা মমা- মচা মতম ঙাইবগী মওংদা লেল্লকপা নুমিৎ নীনি শুরে। শান্তনুগী খুরাতোন লাক্তে। অরিবা ব্রাফমদা হঞ্জিন হঞ্জিন খন্নদুনা লৈখি। মমৈথংদা মখোয় অকিবগী পল লানবা তারে। ককচিংদা চৎলসি হায়না লেপ্পখি। মশা- মশাগী পুন্সিদগী শান্তনুনা হেন্না লূম্বগুম মীকুপ কাংদনা খল্লকপসিদা মখোয় ইকাইবা ফাওদবদি নত্তে।

অয়ূক অমা, ঙন্তা থৌরাং তৌদুনা য়ূম শো লোল্লম্লগা মমা- মচা ককচিং য়ৌনবা থোরক্লে। নীংখা তম্না চৎথোকপা ঙমজরক্রবী অনীদু ঙসিদি শীংনবা অমা য়াওরি। অকিবা, চিংনবা অমসুং ইকাইববু নমথবা ঙম্বা খৌরাংবা পোক্লে। বালাগীদি লাম্থেংননবা চপ চানা চোংথোক্লবনি।

মমা- মচা অনী ককচিং য়ৌরে। শান্তনুখোয় য়ূম থোঙ লোল্লি, ইচিক চিকই। য়ূম্লোন্নবা মী খরনা শকুন্তলাবু শকখঙবদগী তরাম তরাম ওক্লম্মী। মপাম্থোংদা মোমোন নোকচরবসু মখোয় থম্মোযনুংদদি হরাওবা লৈত্রে। শান্তনুগী খুরাতোন গুৱাহাটীদগী হল্লক্রি হায়বা তম্নরক্লে। নাকল অনীমক্লা পাউ-চেদা থেংনখিবা শান্তনু মাঙখিবগী ব্রাফম নত্তনা অনৌবদি ঙাঙনখিদ্রে। মখোয় হল্লক্লে।

মথং নুমিৎকী অয়ুক্তা শকুন্তলা মীনা তোয়না মিং পন্নবা উকিল খরগী মফমদা মচানুপীগা লোয়ননা চত্তুনা কেশ তৌবীনবা হায়জরুই। কনানসু য়ানীংবগী মওং উৎলক্ত্রে, অহোয়নদুম মখোয় তুমিন তোকথোকপনা ফরগনি হায়বা পাউতাক্তুম পীনরকখি। শেল পীগে, কেশ তৌবীয়ু হায়বা য়াদবা উকিল ময়াম অমা থেংনবসিদা শকুন্তলা, মীয়াম্না শিনফম অসিগী মীওইশিংগী মরমদা হায়ন- ঙাংনবগা ওন্ন-তৈনরে খল্লকখি, তশেংনা ঙক্তবা ঙমদে। মহাক্লা খজিক্তং চিংনখিবা ব্রাফমদা প্রমাণ মশীং হেনগৎলকপনা য়ূম্ফম চেৎপা অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। মহাক মখা করি তৌসিগে খনবা ঙমশিল্লক্ত্রে। অদুবু মচানুপীদা চিংনবা ব্রাফম্বুদি তাক্রি, মশাগী লন্নাই থৌদোক্তু তমথোকপদা ইকাইনিঙাই ওই।

বালা লৈতানা লৈবা ঙমদে, মমাদা অব্রাবা শকফম উত্তনবা হোৎনবদু ঙমখিদ্রে। মঙোন্দা শীংনবগী ব্রাখলনা থূমহৎখিদুনা নুপীনি,

লৈশাবীনি হায়বা কাউশিল্লক্লে। নুপীগা নুপাগা মান্নবা হক লৈবগী ৱা তোয়না নীংশিংঙি। থবক্তা উৎনরবা মতম্নি। অসুক থীনা নমথবীবা য়াফম থোক্তে। মহাক মমাদা ৱাকৎ কয়া পুখৎলি, খঙমিন্নবা হোৎনৈ। সংসারসিদা মখোয়গী তুংদা লেপ্পীনবা মীশক অমত্তা লৈরক্তে। অচুম্বগী পাঙ্গল কদায়দা লৈরি? মুক্লবদা পাঙ্গল অসুম শামজিল্লক্লি। লমদমসিগী চীন অকিবনা মেনখ্রে। অচুম্বা খোল্লাউ তাশিন্নদ্রবনি। পঙশিন্নখ্রবা খুন্নাইনা অরানবা অর্থ হন্নরি। ইবুংঙো-ইবেম্মশিংদি মশা শোক্তুগা লোইরে, মরল-মথুমদি চীংদুমগুম ৱাংদবা য়াদে। মীচম-প্রজা ঙাকপী শেনবীবগী ৱাফমদা কনানা নাচুংবীগনি? লৈবাক্কীদমক চোংথোকখিবশিংবু মীয়াম্না কিনরে। মহাক পেন্দবদগী লৈবাক অসিগী মী ওইনীংলক্তে। অদুগা লোয়ননা, মরক অমদা মখোয়দা থৌনা হাপ্পীরম্বা ওজা শান্তনুগী মতেং যাওদনা অমুক হন্না পুন্সি শেমগৎপা ঙমগদবা মান্দ্রে হায়নসু তোয়না পল্লক্লে।

করিগুম্বা মতাং অমদসু বালা অসুম্না ঙাঙখি — ‘ পুন্সিসি পাম্মুই, মমলসু য়াম্না লৌজবনি। অদুবু, নীংখা তম্বা, অচুম্বা অমসুং ইকাইখুম্নবগী ফিদা লৈত্রবা খুন্নাইসিদা হিংলুবগী অর্থ করিনো? মখোয়না তৌবতা য়েংঙু, অদু-অদা খঙদে মখোয়গী ৱা খক্তং তাউ হায়বা য়াব্রা? অকনবনা অশোনববু কয়া কুইনা নমথদুনা থমখিগদৌরি, চপ চানা থেংনগনি। ’

বালা মমাগী মাঙদা ৱাশকখ্রে।

“ ইমাগী ইবেম্মা! ” শকুন্তলা মমিৎতগী পিরাং তৈথোক্লগা মচাবু থেমজিল্লি, “ নঙসি করি করিনো যাম্না ঙাঙখ্রে, ইমাবু ৱাহল্লে। য়েংঙু যুগ কয়াদগী, মৈহৌরোন্দগী, অশোনবশিংনা মীখা পোন্দুনা লাক্লিবনি। অদুগী মথক্তা ঐখোয় নুপীনি, পাঙ্গল শোনবীনি, ফনা হায়দুনসু কয়া লাউ খোংদুনসু য়াররোই। ঐখোয়গী মীচংদি ঈশ্বরখক্তনি। ঈশ্ববগী মতেং ফংবা য়াম্না তপ্পনি। ঐখোয় খাঙবা চঙঙি, তপস্য কনবা তাই, চেকশিনবা থাদোকপা য়াদে। মখোয়না ঐখোয়বু তুম্না হেক্তা মাঙহনবা য়াব্রা? ইবেম্মা, নঙ অঙাংনি, হেঞ্জিন্না খনবা ফত্তে। ”

শকুন্তলা মচাবু থেমজিল্লবসু মশামক্তি লাঞ্জংবগী মোইবুং হন্না হন্না খোংগৎখ্রবনি।

" ইমা, ওজা শান্তনুদু মীহাৎপা, হূরানবা নত্তে। " বালা অমুকসু হৌরকই।

" নত্তে , ঐসু খঙঙি, মী শেম্বা ওজানি। অতোপ্পশিংগী য়াইফবা উরগা হরাউবা মীশক্নি। "

" মহাকপু সমাজগী মাঙ-তাক্নবা তৌবা মী ওইনা উহনবা চুমদে। "

" কদায়দগী চুমগনি, মহাক্তি মীওইবগী সেবাদা মথ্বায় কৎকে খনবা নুপানি। "

" মরম অদুনা মহাক মীয়ামদগী লোৎনবা মরম লৈরিব্রা? গৌতমগুম, নিমাইগুম লম্বোইখ্রগে খল্লবসু মহাক্না লোন্না বিদায় পীরম্নবা কনা লৈরি? মহাক মশাগী কান্নবা য়েংদুনা নত্তগা পান্দম অমা তানবদা লোৎখিবা ওইরম্লোই। "

" অদুনি ইমানা খল্লিবসু, মহাকসি ... । "

" কাঙলূপ অমনা হাৎখ্রবা মাল্লি। "

শকুন্তলা শ্বাই লাওই, শকফম ওল্লি। বালানা লাম্লুরবসু চীন্নদি হায়দোকহৈদবগুম নুংঙাইজদে। মঙোন্দা ৱাবগী চাং খংহেন হেনগৎখি।

" ঐখোয়বু কন্নবা হোৎনখিবা মহাক্কী থৌরাংদা চিংনবা, মরাল শীবীবা কাঙলূপ লৈরমগনি। "

" ইমাবু কাউরব্রা, ইফোং ফোংনা ইরকখ্রিবদুদি, মখোয়গী মী মাঙহনবদা চেন্নবা, খূরক্কী ঈনা লাই শাবশিং লেম্না থারোই, মতিক চাবা চৈরাক পীগনি। "

" মহাক্না মাঙখ্রিবসি মণিপুরদগী নত্তে, গুৱাহাটীদগীনি। মখোয় মফমদুদসু অদুগুম্বা অকি-অখংগী থবক তৌবা ঙম্লব্রা? "

" গুৱাহাটীদি থমখো, দিল্লীসু লাইরি, ভারতকী ৱাংমা লানবগী পাউ তারিবসিনি, করিনো ইমা। "

শান্তনুবু মাঙহন্নবা নত্তগা ৱাহং-পাউহং তৌনবা লালহৌবা কাঙলূপ অমনা ফাখিবনি হায়বা ৱাফমদা তপ্না তপ্না মমা মচাগী ৱারোইশিন লাক্লে। ওজা শান্তনুনা মখোয়গী মাঙদা লেপ্লবগী আশা অসুম পিকশিল্লক্লি। মখোয় অনী অফোংবা পিরাং উৎনবদা হঙ্গোয়বা লৈনরক্লে।

অহীং অমদি শকুন্তলা থম্মোয় কায়রবী মচাগী অব্রা-মৈশা খাঙবা কাঙখল মনুংগী স্বর তাবদা ব্রারকপদগী য়ূমথক্তা কাখৎলম্মী। মহাক মহৌশা লাইরেম্বীগী খূৎশেম য়েংলগা পোৎথাগে খল্লুবনি। অদুবু মথং মথং, য়েংলুবা খুদিংমক্না মীচং ওইরক্তে। থাজনা ময়েক শেংনা ঙান্দে। থব্রাম্মিচাকশিং লৈচিল্লক্তা তোয়না লোৎলি। চীংজাউ লমহাং পূম্নমক অঙৌবা ইন্নফিনা ফিরুক খুম্মী। উ-ব্রা ইরেং লেঙদে। তাইবং মীওইববু শুন্নম্বা পিথাদোইগী মহুৎ শিন্দুনা মকুনা তোয়না খোংলি। হরাউ ব্রারীগী মহুত্তা মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সি নীংশিংলকখি। অব্রাবনা চবুন-চবুন্নি। নৌনা য়ূম্বাল্লকপনা ইমুংগী পোৎলূম মথক্তা থোল্লকখি। মীথোই-মীহেনবা মপুরোইবা অমা ফংজবগী চাউথোকচবা কুইখিদে। চহী নিপানখক্তনি মহাক্না থৌজানবীরম্বা, অদুগা হুন্দোকপীরম্লে। মমা-মপানসু থৌশাবীরমদ্রবা মচা তাহৌরে। কাইনথংসিদা মরূপ্নি খন্না শাগৎচরুবা মরী অমা পৎ হেক্তা থদৎপীখি। অসুম্না সংসারগী হরাউ-তয়াম্বা হায়বা শরুক অমত্তগা নকশিন্নবা য়াদ্রবা, নাইতোম ইহ্লোকপীরবা মপোক অসিবু মমল লৈনা লৌখিগদ্রা খল্লুরগা শকুন্তলা খাম্বা ঙমদনা কপ্লম্মী।

বালা কাঙখল মনুংদা, ওইদা-য়েত্তা, থরো থরো ওল্লকপা কুইরে। অহীং থেঙলক থেঙলক্লগা থম্মোয়নুংদা তেংথাবা হেনগৎলকখি। পিশিক পিক্লিঙৈদা মপানা হুন্দোকপীরম্লে। কনাগী তম্পাক্তনো মহাক্না নাউথী শাজখিবা। স্কুলদা ওজানা মপাগী মিং হংলকপদা মহাক কয়ারক কপখি। মমাখক্তনি মাগী লৈজরিবা। মমানা মহাকপু তাইবংদা অচঙবা মী ওইনবা কয়াগী মতিক ব্রানা হোৎনরি। যুগ অসিগী খোঙজেল খঙনা মহাকসু চেন্নবা হোৎনজবনি। অদুবু শাগন্দি যৈথেকপীরে। মশা তাববা উচেকশিংবু খন-খন্দুনা ফানবা হোৎনবিবা খুন্নাই অসিদগী নাহ্লোক্লবা করম্না হোৎনগদৌবি? কল্লক-যেংথী মরকসিদা করিগীনো অঙাং ওইনা নংশিবা হৈকবিবা? করিগীনো মীশক অমদা অদুক যাম্না খোযদাকবিবা? নীংতম্বা থব্রাযমা ব্রাখল-পুক্নীংগী দোলাই তোংদুনা মহাক্কী লৈফম থিদুনা কোইপাই পাইরি। মীকুপ খুদিং মাবুখক্তা উখিবনা থম্মোয়গী অরোনবা ব্রাফম ফাওবা ফোংদোকপদা ইকাইবা পকখিদ্রে। পুন্সিসি মহাক্কীনি খন্দোকখ্রে। অদুবু

কদায়, অনৌবা আশা! নীংশিংলুবা ব্না খুদিংমক্না বালাগী মিৎলু ঈচাউহল্লে।

শকুন্তলা য়ূমথক্তগী কূমথরক্লে। মহাক কলম পায়খত্তুনা খাটা হাংদোকই। অব্নাবা ব্নাখল নমথনবা লোইশিনখিদ্রিবা ব্নারী মচা অমা মখা চৎথরম্মী। বালা মমানা পায়খৎলিবা উপায়দু কাঙখল হাইদোক্তুনা য়েংলম্মী।

# ১৩

অয়ূক পূং নিপাল তাবা মতমদা শান্তনুগী খুরাতোন গুৱাহাটী আই.আই.টি. গেটতা লেপ্লম্মী। সন্ত্রীনা মহাকপু কেম্পস মনুংদা চঙহন্দনা য়াম্না কুইনা থমখি। খুরাতোন্না মশাবু শক তাক্লুনা মনুংদা চঙহনবীনবা হন্না হন্না হায়জরম্মী। গার্দ কমাণ্ডরগী অয়াবা ফংলবা মতুংদা মহাকপু চঙহল্লে।

থেক্লা খোয়না চৎলিবা সীঢ়ী লম্বীদা খুরাতোন শান্তনুগী ক্বার্টর্স তম্না কাখৎলম্মী। থাপ্তুক য়েংবদা য়ূমদু হান্নদগী য়াম্না হেন্না ফজরে, নাল্লে; নৌনা শঙবা মচুনা ইঙান ঙাল্লে। কান্নদবদা ৱানা ঙাইহনখি হায়বগী ৱারৌবগা লোয়ননা মহাক তপ্না লাকই। ক্বার্টর্স য়ৌরকপদা হেন্না অমুক শাউনীংখি। থোঙ শো লোনবনা পূমচিক চিক্লম্বনি। মাঙ্গোন্দু উনা-শীংনা অমসুং উফুল-ৱাইফুলনা য়াম্না মোৎহল্লে। মহাক বেরেন্দাদা কাখৎতুনা হৈনীংদনা লেপ্লম্মী। থংনবা য়ূমগী মীদা হংগে খল্লিঙৈদা নুপা অমা মঙোন্দা য়েংলগা চঙশিল্লকপা উরে। চৌকীদারনি, মমাঙদা উনখ্রে।

খুরাতোন্না শান্তনু উনবা লাকপনি হায়না চৌকীদারদা তল্লম্মী। চৌকীদারনসু খঙহল্লকখি – শান্তনু লৈতে, য়ূম শো লোনবা নুমিৎ হুম্নি শুরে, কদোমদা চৎখিবনো হায়বা মফম খঙদে। থৱায় ৱানরকপদগী প্রিন্সিপালনা পুলিসতা তাকপগা লোয়ননা পাউ-চেশিংদসু ফোঙখ্রে।

ঙাইহাক লৈতনা ওফিসতা পুলিস লাকই। পাউমীশিংনসু মনুংসিদা জাৎ-জাৎকী ব্রা হংলে। ওজাশিং কোক শানরি। হৌজিকসু প্রিন্সিপালগী যূমদা পুলিস ওফিসর অমা ফমহৌই; শান্তনু থিবগী মতাংদা কন্না ঙাওনহৌই।

খুরাতোন নুংশা থীরক্লে ; মরক থক্তুনা হংলম্মী, “ মখোয় করি হায়নহৌই? ”

চৌকীদার মখা তাই, “ মণিপুর পুলিসকা পাউ চৎনবদগী শান্তনু ময়ূমদা লাক্তে হাযবা শেংনা খঙখ্রে। প্রিন্সিপালনসু ঙরাংদগী সহরসিদা মরূপ-মপাংশিংগী মতেং লৌদুনা মহাকপু থিবা হোনরকখিবনি, কান্নবা ফংদে। হৌজিক ব্রা চাউথোক্লক্লি। ”

“ ঐ মহাকপু উনবা লাক্লিবনি। যূমদা লৈতে হায়বদু অশেংবনি। ”

“ ঙাইবীখো, ” চৌকীদার থাপ্তুক য়েংলগা হায়, “ প্রিন্সিপালখোয়না লাক্লিবসি সোমদা ওইরমাল্লে। ”

মখোয় অনী ময়াম্না নকশিল্লকপা য়েংদুনা লেপ্লম্মী। পুলিসশিংগী মরক্তা অমদি এস. পি. নি হায়বা খুরাতোন্না খঙলে। মহাক এস. পি. অমসুং প্রিন্সিপাল অনীমক্তা মখূৎ লোন্নে। চৌকীদারনা মহাকপু ময়ামদা শক্তাক্লম্মী।

প্রিন্সিপালনা খুরাতোন্দা হংলকখি, “ যূমদগী কৈদৌঙৈ লাকপীবগে ? অদুগা শান্তনু মাঙখিবগী পাউসি কনাদগী ফংবীবগে? ”

খুরাতোন্না খুম্মী, “ ঐ ঙরাং অয়ূক পূং মঙাদা যূমদগী থোকচরকই, সার। বসতা লাকচবনি। মহাক মাঙখ্রে হায়বা পাউসিদি হৌজিক্তা খঙজরি। ”

“ যূমদা মহাক লৈহৌদে হায়বসি শেংলবনিকো? ” এস. পি. য়াওশিল্লকই।

“ লৈহৌদে, সার। ঐ মাবু উনবা লাকচরিবনি।

“ করি মরমগীনো, খন্নগদবা ব্রা লৈব্রা? ”

“ ইমুং মনুংগী ব্রানি। মহাকপু যূম পালহন্নবা ঐনা থেল্লকপসি কুইরে, হন্দক্তি লেপথোক্লরগে খঞ্জরকখি। ”

“ মহাক যূমদা তোয়না লাকপ্রা? ”

“ লাক্তে, সার। চহী অনীগী মতুংদনি হন্দক লাক্লম্বসি। ”

" হন্দক্তা? কয়া কুইরে? করি থবক্কীনো? য়ুমদা নুমিৎ কয়ানি লৈরম্বগে? "

" থা ফাদ্রি। চুম্না লাকপনি হায়। য়ুমদদি নুমিৎ হুম্নিখক্তং লৈরম্মী; অয়াম্বা মতমদি ইম্ফালদা লৈখি। "

প্রিন্সিপাল মরক থৎলকই, " শান্তনুগী কনাগুম্বা মরী-মতা অতোপ্পা মফমশিংদা লৈনবকা য়াওব্রা? "

" কনাসু লৈতে। সংসারসিদা মাগীসু ঐগীসু নক্লবা মরী হায়ববু ঐখোয় অনীখক্তনি। "

" সোমদি করি থবক তৌবীরম্বগে? "

" ঐ টেরিটোরিএল আর্মীদা মতম শাংনা লৈজরম্মী। "

" য়াম্না ফরে, অদোমসু য়াওবীবা তারে। " এস. পি. না হায়, " হৌজিক ঐখোয় থোঙগী শোসি থুগাইরগা ইমুংদা চঙদুনা য়েংজবা তারি। "

প্রিন্সিপালনা হায়বদগী চৌকীদারনা ওফিসতগী নূংথং লৌবা চৎখ্রে। বেরেন্দাদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলিবা এস. পি. না ফক্লাংদা য়ানবা লেট্টর বোক্সতগী চে ময়াম অমা লৌথোক্লম্মী। মরক্তগী খন্দোকপা ইনবেলপ অনীদা মহাক্লা য়েংবদু ময়ামসু য়াওই। চিঠি অনীমক ইম্ফালগী মফম অমত্তদগী থারকপনি। এস. পি. না খুরাতোন্দা থারক্লিবা মীশিংদু মশক খঙব্রা হায়বগুম পানবা পীরকখি।

খুরাতোন্না অহানবা চিঠি খাউগী মথক্তা ইরিবা থারকপা মীগী ঠিকানা পায় — বালা দেবী, মন্ত্রী পুখ্রী; ইম্ফাল — ৭৯৫০০২ ... ।

মথংদুসু অমুক পায় — শকুন্তলা, মন্ত্রী পুখ্রী; ইম্ফাল — ৭৯৫০০২ ...।

এস. পি. না হংঙি, " মখোয়বু মশক খঙব্রা ? থারকফম তিন্নরবসু খুৎইদি মান্নদে। "

" খঙজে, সার। " খুরাতোন্না খুম্মী।

" করম্বা মীওইশিংনো? "

" মখোয় অনী মমা- মচানি শান্তনুগা শকখঙনৈ, অদুবু মরী- মতা থাক্লবদি নত্তে। মমাদু লুখ্রাবীনি, মচানুপী লৈশাবীনি, হৌজিক হৌজিক

লাইরিক তন্লি। ”

এস. পি.না প্রিন্সিপালদা ওনশিন্দুনা হায়, “ সার, চিঠি অনীসি ঐ অমুক্তং য়েংজরুখিগে। হয়েং অমুক পুজরক্কনি। ”

খুরাতোন্দগী চিঠি অনী লৌখ্রে। চৌকীদারনা শো থুগাইরবা তুংদা মখোয় ইমুংদা চঙদুনা কা খুদিং য়েংলম্মী। চাকশঙদা লৈরম্বা চান-থক্লবা পোৎ-চৈ, এনশাং-নাপী, চেং হৱাইনচিংবা মথং মথং এস. পি.না ইশিল্লি। তুংদা শান্তনুগী ষ্টদি রুমগী টেবল মথক্তা লৈবা নোটবুকশিং ফাক্লুনা পাখি। নুমিৎ হুম্নিগী মমাঙদা ছাত্রশিংগী য়ুনিট টেষ্টকীদমক মহাক্না শেল্লম্বা কেসন পুলিসশিংনা পায়শিনখ্রে।

মখোয় পূম্নমক মপান থোরক্লবদা এস. পি. না খুরাতোন্দা হায়, “ হয়েং ফাওবদি মফমসিদা লৈবীখো, ঐ অমুক লাকচখিগনি। ”

“ হোয় সার, ঐসু অশেংবা ৱাফম অমা খঙদ্রিফাওবদি য়ূমদা হঞ্জনীংদে। ”

প্রিন্সিপালনা পুলিসশিং থিন্দোকপা চৎপদা চৌকীদার য়াওখি। হায়ফম তৌফম খঙদনা মথন্তা অহাঙবা য়ূমগী শুমাঙদা লেপহৌবা খুরাতোন খঙহৌদনা কপখি।

মিনিট তরারোমগী তুংদা চৌকীদার খুরাতোনগী নাক্তা লাক্লে। প্রিন্সিপালনা শিন্নরকপা ৱাফম কয়া তন্নদুনা খুরাতোনবু মহাক্না অতিথি ওইনা য়েংশিন্নবা হোৎনরম্মী।

মথং অয়ূক পূং নিপাল তাবা মতমদা এস. পি.দু প্রিন্সিপালগী বঙ্গলোদা য়ৌরকখি। মফম অদুদা য়াম্না থুনা লাক্লবা চৌকীদাবনা খুরাতোনবু কৌররে।

খুরাতোন ইপন পন্দনা প্রিন্সিপালগী কা মনুংদা চঙদুনা পূন্না ফম্মিন্নরম্মী।

এস. পি. না হংলকখি, “ শান্তনুগী লুহোংবগী মতাংদা ইমুংনা করি থৌরাং পায়খৎলবগে? ”

খুরাতোন্না খুম্মী, “ হৌজিক ফাওবদি অরেপ্পা থৌরাং অমত্তা লৈজদ্রি। মাগী অপাম্বা, খোয়দাবা কনানো, মশক শেংনা তাক্লো হায়না

তকশিন্নবনি ঐনা লাকচরিবসি। লোয়ন-লোয়ননা, ঐখোয়না খন্নজরকপা অমসু লৈ। ”

“ কনাগী মরমদনো? ”

“ সাহেবনা পুবীখিবা চিঠি অনীদুগী মনুংদা অমদি ইবেন্মদুনা ইরকপনি, বালা হায়বীদু। ”

“ ঙাইবীখো, শকুন্তলা হায়রিবী নুপীসি চহী কয়াগী লেঙগানো? ”

“ চহী কুন্থ্রামঙাগী মখানি, সার। ”

প্রিন্সিপাল চহী পারগা ঙক্তক হায়, “ মদুগী মচা লৈশাবী ফারবা, লুহোংবা য়ারবা? ”

“ হোয়, সার! ” খুরাতোন্না খুম্মী, “ ঐসু ঙককচখি, অহানবা উনবদা মবানিদু মচিন মনাউবু মাল্লি। ”

“ হায়বদি মমাদু চপ চানা মশক ফজরি। ” এস. পি. নোক্লম্মী।

“ অদুনি সার! ” খুরাতোন নোকপদি য়াওদে।

“ অদুদি অহল, নুংঙাইফম থোক্ত্রে। ফরে, হৌজিক ঙরাংগী চিঠি অনীসি লৌশিনবীরো। ” এস. পি. না ইনবেলপ অনী খুরাতোন্দা খূৎশিন্নরগা মখা তাই, “ শান্তনু মাঙখ্রে। ঐখোয় মহাকপু য়াম্না কন্না থিরি। করম্না, করি মরীগী মাঙখিবনো হায়বদু খঙনবসু কন্না হোৎনরি। থবক অসিদা ইমুংগী মীশিংনসু তেঙবাংবীয়ু। অতোপ্পা মরূপ-মপাং, খঙন-চান্নবশিংনসু তেঙবাংবীরক্লবা প্রিন্সিপালনা পাউ-চেশিংগী থোঙদা হায়জখ্রে। অদোম্না মণিপুর য়ৌবগা অখং-অহৈ তান্নবীরগা পুলিস ডিপার্টমেন্টতা ব্রাকৎচে অমত্তং পীবীয়ু। য়ারবদি চেদু, ইম্ফালগী পুলিস হেদ ক্বার্টর্সতা এস. পি. অমা ফল্লিবনি, মঙোন্দা শিন্নবীয়ু। ”

এস. পি. চৎনবা হৌগৎলক্লে, প্রিন্সিপালগা খূৎ শোক্লখ্রে। খুরাতোন অব্রাবনা নল্লকপদা হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলম্মী। মহাক শান্তনুগী ক্বার্টর্সতা লাক্লে।

খুরাতোন বেরেন্দাগী ফালদা ফম্লগা ব্রাখল তৌরম্মী, —‘ ঐনা তৌগদবসি করিনো? শান্তনু মাঙখিবগী পাউ মনিপুরদসু তানরম্লগনি। মহাকপু শকখঙবশিংনা ঙক্কনি। নুপী অনীদি অশেংবা পাউগী লীখুন

খঙনীংবনা লৈফম খঙলন্নরোই। ঐ করি তন্নুগনি, করি মতৌনো অসিবো! ঐগী ইচাদু পুন্সিবু ফাগি তাহনগদবা মীশক্তি নত্তবনি। ’

প্রিন্সিপালনা ওফিস চৎখ্রবদা চৌকীদার খুরাতোনগী নাক্তা লাক্লম্মী।

চৌকীদারনা হায়রে, “ ঙসি-ঙরাংসি ঐখোয় কেম্পস মনুংসি য়াম্না নুংঙাইনদ্রে। ফরবা ছাত্র অমা থৌরী য়াল্লগা শিখ্রে, হৌজিক্লা ওজা অমা মাঙখ্রবনি। ”

খুরাতোন্না হংঙি, “ মহাকপু মনুংসিদা কনাগা খরা হেন্না লোয়নবগে? ”

“ মথৌ খম থেংনা চিনবা মপুক-মপাউসু য়াম্না ফবা ওজা শান্তনুবু মী খুদিংমক্লা নুংশি, মহাক্কা লোয়নদবা মী লৈতে। মীশক অসিমগা খরা হেন্না তিন্নে হায়নিঙাই লৈতে। ” চৌকীদার ঙাইহাক খল্লগা হংলকখি, “ ঙসাই চিঠি অনীদুগী মরোল খঙবীব্রা? ”

“ খঙজদে, লনাই চিঠি ওইবনিনা ঐ পারুদ্রে। ”

“ ঙসি নোংমা-নীনি লৈবীখিগদ্রা নত্ত্রগা য়াম্না থুনা হনবীরগদ্রা ? চৎলমদাইদা প্রিন্সিপালনা অমুক্তং উনখিসি হায়রকই। ”

“ ঐ শোয়জরোই। ”

চৌকীদার মখারোমদা কূমথখ্রে। খুরাতোন ফুরিৎখাউদগী চিঠি অনী লৌথোক্তুনা মুন্না য়েংঙি, য়াম্নদি পানিংলবসু হাংদোকখিদ্রে। ফুরিৎখাউদা অমুক হাপচিল্লে। মহাক পোৎথাফম খঙদনা ব্বারে, থম্মোয়নুংদা ব্বারৌবসু য়াওরি।

পুলিসতগী মথং নুমিত্তা করি পাউ লাক্কদৌরি হায়বা খঙনীংমনবনা খুরাতোন অহীং অমগা পন্থখিগে লেপ্লে। হাঙলবা যূমদা মহাক মথন্তা অদুম লৈবা তারি। চান-থক্লবদি চৌকীদারনা শীল্লগনি হায়রম্লবনিনা মহাক ইমুংদা চঙলম্মী।

ব্বাখলনা তূমহনখিদ্রবা অহীংদু তপ্না তপ্না হৌখি। নোং পুবা নুংশিৎ কন্না কন্না শিৎলি। চীং, উ, যূম, পোষ্ট অমসুং ব্বায়রশিংদা অকনবা শাফু পীরকপগী খোঞ্জেলদু মিপাইনিঙাই মশক্লি। নোংঙানবগা মহাক মপান

থোরক্কুনা ঈশ্বরবু খুরুমজে, কামাখ্যা দেবীরোমদা ওন্দুনা হায়জে। মহাক নুমিদাংবাইরমগী অহানবা থাবা বসকী টিকেৎ কল্লুরগে খল্লক্লে। অদুবু মঙোন্দা য়ুম য়ৌনীংবা নত্তুগা য়ৌনীংদবগী অপাম্বা খল মান্ননা লৈবসিনা হৈনীংবদি ওইদে।

নুংথিল পৃং অমা তাবা মতমদা খুরাতোন প্রিন্সিপালগী ওফিসতা চৎলম্মী। মহাক শান্তনুগী মরমদা ৱারী ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা প্রিন্সিপালদগী ওফিস অমসুং য়ুমগী টেলিফোন নম্বর লৌরগা মখোঙ লূম্না থোরক্লে। শান্তনুগী য়ুম্বু চৌকীদারনা অনৌবা চাবীনা লোনবদু উরগা মহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে।

খুরাতোন্না গুৱাহাটীদগী তোংলকখিবা বসকী কন্দক্তর অমসুং ড্রাইবর করাম চাউমল্লি। বসকী মনুংদা মন চাম্মরোমগী বেট্টরি ময়াম, বোডী মথক্তনা য়োৎপী অমসুং সুনু বোড়া মশীং খঙদবমকৈ হাপ্লম্মী। থৌওং অদু পেসেঞ্জর খুদিংমক্না য়ানীংদে, গাড়ীগী মীশিংনদি করিসু তাশিন্নদনা অদুম হাপখি। য়ুম য়ৌনিংবা ময়ামদু পেন্দ-পেন্দনা, চিংন-চিংননা গাড়ীদি তোংখৎনরকখি।

*নোংয়াই মতুং পৃং অমা তারমদাইদা মিকির হিলসকী অশুকপা চীংয়া উমং অমদা চৎলিঙৈদা মনীং য়েৎকী তায়র অমা পোকখায়দুনা গাড়ী লেপ্লে। তায়র শিনবদা মিনিট তরারোম লেপ্লদুনা পেসেঞ্জরশিংগী চোকথবা হেনগৎহনখিবসি শরুক অনীদনি।*

বোডি ' গে-গে ' খোংদুনা লূম্না ৱানা লাকখিবা গাড়ী বোকাচান্দ নকশিল্লক্লে, নোংঙাল্লমদাই য়ৌশিল্লক্লবনি। অহৌবা খোঞ্জেল অমনা অতূম্বসু তুমদবসু ইখং খংহনখ্রে। বস থোক থোক নোম্বদা নত্তনা চেপ্লসু চৎলি। ' মমাঙ চাকা পোকখায়রে! এ! এ! এ! ' — মনুংদা লাউনরকই। ময়াম ইপা পাখৎনৈ। বস নালাদা ওন্থগদবা, শম্নাদা লিংহৌবনি। হেন্দিমেন অমসুং কন্দক্তর চোংথদুনা ওৎ থারম্মী। ড্রাইবর কূমথরগা খরা হন্দোক্তুনা য়েংলম্মী। মহাক মরু লুকথৈ। শাউরবা পেসেঞ্জর অমা পাইশিনখিদুনা ড্রাইবরগী ফুরিৎ কোলার সুপ্লায় পায়শিল্লগা মমায়দা কিন্না অনী-অহুম্লক থিল্লম্মী। মী খর চেনশিন্দুনা খামদোকই। খরনা হায় — ' ফু, ফু! ' করি

উপায়দি লৈরি, লাউ-খোংলম্বা পেসেঞ্জরশিং গাড়ীগী মীশিংগা টায়র শিন্দোক্লবা খন্নরম্মী। লুরিবদি অহেনবা, অফবা টায়র য়াওদ্রিবদুনি।

উপায় মথং মথং খন্নরবা তুংদা ডিমাপুরদগী তায়র অফবা অমা লৈরুনবা কন্দক্তর থাবা তারে। পেসেঞ্জরশিংগী মরক্তা নুপী অঙাং কয়াসু য়াওরি, খোইরাঙ-খোইশাওনবনা ঈংনা ফম্বা ঙম্লদে, ৱাসু ঙাঙননীংদে। গাড়ী কাঙবুগী চেকশিন্দবা, হেঞ্জিন্না পৈসা পাম্বা, পেসেঞ্জরশিংগীদমক করিসু খন্দবা উবদা নহা ওইবশিং খূৎ থাঙ্গৎকে- থাঙ্গৎকে তৌই। দ্রাইবরগা খৎনবা ফত্তে হায়বা অহলশিংগী থেমজিনবা ৱাহৈ তারগা মখোয় তুমিন লৈখিবনি। লমহাং-উমংগী খুদোংচাবা লৌনদুনা ময়ামদু মশা ৱাই শংনবা হোৎনরক্লে। মদুনা মখোয়গী ঙাইঙমদবা ফাথরি।

পূং অহুমগী মতুং, নুংশা শাগৎলক্লবা মতমদা লোকেল বস অমদা কন্দক্তরনা তায়র পুদুনা লাক্লে। ময়াম স্বর ফুনগৎলম্বা খরা শাফরে। ইম্ফাল য়ৌনীংবনা অরাম-খৌরাং পোক্লবা ময়াম মরক্তগী খুরাতোন্দি খোঙনবু চেন্নীংলবনি। মরমদি খরা ঙন্না থুংদ্রবদি মহাক ককচিং য়ৌবা বস ফংলরোই, অহীং অমা অমুক পন্থবা তাবনি। পূম্নমকসিগী মথক্তা মতম খজিক্তং ফংলবদি শকুন্তলাখোয়গীদা চঙলম্বা ঙমগদৌরি।

নুংথিল পূং অনী তারকপদা, মাও গেটতা পেসেঞ্জরশিং চাক চানরম্মী। মখোয়গী মায়থোং অয়াম্বা মোমোন নোকপগী মমি তাই। ময়ূম য়ৌরবগুম হরাওনৈ।

পূং অহুম হেল্লকপদা লাইরৌ য়ৌশিল্লক্লে। অদুবু গাড়ীদু মখোল অমা থোকখিবগা লোয়ননা চপ লেপখিরম্মী। দ্রাইবরনা কূমথদুনা য়েংবদা পেসেঞ্জর খরসু য়াওরম্মী। মখাদা লাউনরকখি — এক্সন তৎলে, ক্রাউন কায়রে। খুরাতোন স্বর শাংনা শাংনা হোল্লম্মী।

য়াচংবদা গাড়ী শেম্বা লোইরে। তপ্না লাকখিবা গাড়ী নুমিদাং অথেংবা পূং তরাদা ইম্ফাল থুংলম্মী। খুরাতোন খ্বাইরস্বন্দগী হোটেল মতা চাবা থিরগে খন্দুনা লাকখি। থেঙলবা মতমসিদা মরূপ- মপাং, খঙন-চান্নবশিংগীদা চঙলুবা ফররোই, নোংঙানবা অয়ুক ঙন্তাদা শকুন্তলাগা উনরুরগে লেপ্লে।

# ১৪

ওলাংথাগী মৈশাদগী শকুন্তলাগী ঙাকথোকপা ঙমদ্রবা নুংগী ওমচাক্লবনা ফনা য়াম্না হেনখ্রে। লৈক্রক চৎলবা লৈমায়গুম মহাক্কী পুক্নীং ব্রাখল খ্রক খ্রক কংশিল্লক্লি। শান্তনুগী পাউগীদমক থৌরাংবনা অতৈ চানীং-থক্লীংবা কয়াবু নমথদুনা থমখ্রে। অমরোমদনা মহাক্কী কেশ মখা তৌবীনবা উকিল ফংলক্ত্রবদা মহাক মীয়ামদগী ইম্থোক্লবী, নাইতোম তারবী মীশক অমনি খল্লক্লবনি। অব্রাবা মথোন-মথোন হাপ্পরি। হাইগৎলকপা অশাউবগী ঈনোৎনা শীংনবগী লৈরায় পাথোক্কে পাথোক্কে তৌই। মচানুপীগী চিন্তা অমসুং তাইফেৎ তাইরবা মায়থোং য়েংবদা মাঙোন্দগী শরুক অনী হেন্না নুংঙাইত্রে হায়বা খঙখ্রবনি। মতম অয়াম্বদা হিপফমদগী হেন্দোক্ত্রবী মচাগী মনাক্তা শকুন্তলা চঙলক্কুনা ফল্লম্মী।

শকুন্তলানা হায়, “ ওজা শান্তনুগী খুরাতোম্না গুব্রাহাটী চৎখিবা নুমিৎ মঙানি শুরে। হল্লকপা মতম য়ৌরে, ঙসিকাদি থুংলবা য়াই। মহাক ময়ূম য়ৌদ্রিঙৈদা ঐখোয়গীসিদা শোয়দনা চঙলক্কনি। ”

বালাসু মমাগী ব্রাদু শমথৈ, “ ঐখোয় য়াম্না ব্রানা পাউ ঙাইরমগনি হায়বা মহাক খঙলিবনি। হনবু হল্লক্লবদি মহাক শোয়ফম থোক্তে। ”

“ গুব্রাহাটী বসনা থুংলরিবসি চাউরাক্লা পূং কয়াদনো? ”

“ অরেপ্পা মতম হায়বা ঙম্বা নত্তে, অয়ূক পূং মাপন্দগী নুমিদাংব্রাইরম

পূং মরি-মঙা ফাওবদা থুংলবনি হায়। অশোয় অঙাম থোক্রুবদি পূং তরাতরুক্কী খোঙচৎনি খঙনৈ। হৌজিক পূং মরি তাশিল্লক্নে। থুংলবগী মতম হেন্দোক্লবনি। ”

মমা-মচা শান্তনুগী খুরাতোন ঙাইবগী ৱাখলনা লূমথখিবদগী অতোপ্পা থবক অমত্তদা পুক্নীং চঙখিদ্রে। গেটলোমদা তোয়মন্না য়েংবদগী চোকথরে হায়বা য়ারে। মখোয়গী আশা অসুম অসুম লাপথোকখি। মখোয় হৈনীং হৈনীংদনা নুমিদাংৱাইরমগী থবক নোল্লম্মী।

পূং মঙা তারে। উতোন ৱাতোন অমসুং অথাপ্পা চীংদোন নত্তনা নুংশা মঙাল উশিল্লক্রে। বালা গেটলোমদগী কৌরকপা খোঞ্জেল অমা তায়। মমা-মচা তহা তহা থোক্কুনা গেট য়ৌই, থাজবগা লোয়ননা অহোবদগী য়েংদুনা মীশক খঙনবা হোৎনরম্মী। মশক খঙদ্রবসু মখোয় গেট হাংদোক্লে। জিপসি অমদা লাকপা নুপী মরি পন্দনা চঙলক্লম্মী। মমা-মচা ইঙক ঙক্লা য়েংঙি, মখোয়দু খঙনবা অমত্তা য়াওদে। অদুবু, মখোয়গী শকফম্না চিংনবদি লৈহন্দে।

খরা ৱাংবী, চীং-লেম্বী অদুনা হায়রকখি, “ য়ূমদা লেঙশিনসি ঐখোয় ৱা খরা হায়বা লাকচবনি। ”

শকুন্তলানা মখোয়বু য়ূমদা পুশিল্লম্মী। সোফাদা মখোয় ফমথবগা মহাক ৱারোল তানীংবনা য়েংলম্মী।

“ করি তাকপীগদবনো? ”

অৱাংবীদুনা খুল্লকখি, “ সুম য়েংজবদা সোমগা ঐগা চহীদা লেঙগা ওইরমগদবা মাল্লি, মরূপ কৌজগে। ঐখোয় মরূপ্তুগী তেঙবাং অমত্তং নিজবা লাকপনি, য়াবীদবা তৌবীগনু। ”

“ করি মতেংনো, ঐনা পাংবা ঙমজগদবসিবো? ”

“ ফত্তবা অরানবা ৱাখল পুবীগনু, পূন্না ভাব তামিন্নবনা য়াইফবা ওইগদৌরিবনি। ”

লাপ্তুক লেপ্লম্বা বালা ময়াম ফম্বদা য়াওররে।

শকুন্তলা ঙাইঙমদবদগী হায়, “ ৱাফমদু তাকপীয়ু, য়াম্না খঙজনীংলে। ”

" হায়জগে। ঐ পুলিস হেদ ক্বার্টর্সতগী লাকপনি, এস. পি. নি। " মতৌ লৈবী ওফিসর অদুনা মহাক্কী আই. কার্দ উৎপগা লোয়ননা লাকমিন্নবীশিংদা য়েংলগা মখা তায়, " ঐগীসি মরূপখোয়গী য়াইফনবনি অমুকসু হায়জরি। "

লাকমিন্নবা নুপী অহুম মপান থোকখ্রে।

বালা মমাগী নাকন্দগী য়াওরকই, " তাকপীয়ু, মেদাম। "

" মতম খরা নখোয় ঐগী য়ূমদা লৈরুসি। নখোয়দা পোৎথাফম খণ্ডদবা চিন্তা ময়াম অমনা নল্লে। মাওগী বাথোকশিংগা মরী লৈননা ইমুংসিদা অকি-অখং লাক্কদবা মানবা খরা উজরে। অসি হায় হায়দুনা পাখৎপীগনু। ঐখোয় খ্বাই মীয়ামগী সেবাগীদমক, অণম্বা তেঙবাং পীজনবা লৈজরিবনি। হঙ্গোয়বা, চিংনবা থাদোকপীয়ু। শান্তনুবু থিবগী থৌদাং লৌরিবা পুলিস ওফিসরশিংগী মনুংদা ঐসু অমনি। মহাকপু ফংনবা থিরগা য়ূমসিদা পুরক্কুনা ময়ামগা অমুক্তং উনহনগে খঞ্জরিবা মীশক্তি হায়বা খণ্ডবীয়ু।

" হায়বদি, ওজা শান্তনু মাওখিবগী মরী-মখোঙ মেদাম্না ফজনা খণ্ডবীরে। মদু ঐখোয়দা অমুক্তং তাকপীরবদি ওহ্মোক্লা নুংঙাইজগনি। "

" ঐনা খণ্ডজবা পূম্নমক কোন্না তমজগে। হৌজিক চৎনবা থৌরাং লোইশিনবীরো। মসি হায়জবদা পুলিসকী মীনি খল্লগা হঙ্গোয়বা নক্রগা চিংনবা তৌবীগনু। দরকার লৈবা , লোয়নদবা য়াদ্রবা পোৎ-চৈ, ফি-রোল খরা পুবীবা তারে। " এস. পি. বালাদা য়েংলগা তকশিল্লকই, " ইবেম্মা, লোইশিল্লো। "

ফক্লাং ঘড়ীনা পুং মঙা মখায় য়ৈরকখ্রে, মমশিল্লক্কদৌরে। মমা-মচা থোঙগী শো লোল্লম্লগা নুপীশিংগী তুং ইল্লম্মী, মদু তশেংনা মঙগী মতৌগুম্বনি। এস. পি.গী পাউতাক মতুংইন্না মখোয়গী চৎফম য়ূমশঙবা মামতোন্দা তাক্লমদ্রে। নিত্যাইপাৎ চিথেক য়ৌরকপগা এস.পি.না নুপী অহুম কুমথহনখি। মহাক মশাদি মমা-মচা পুদুনা কৈশাম্পাৎলোমদা গাড়ী থৌরক্লম্মী।

শকুন্তলা অমসুং বালা ঙাঙদে, হংদে। মখোয়না চঙলকখ্রিবা য়ূমদু এস.পি.গী ওইরমগদ্রা হায়নদি খল্লি।

“ হৈনবিদ্রবসু মথক্তা লৈবীবা তারি। ” এস. পি.না মখোয়বু সীঢ়ীদা পুখৎতুনা হায়, “ হঙ্গোয়বীগনু, মতম খরদি ইশাগী অনৌবা য়ুম্নি খনবীরগা খাঙবীবা তারে। ”

মমা-মচানা লৈগদৌরিবা মথক কাদু ওখাক চাউই। টি.ভি., টেপ রেকোর্দ প্লেয়র, রেডিও তোঙান তোঙানবা টেবলদা থম্মী। অতে অকে-অমৌগী পোৎসু মরাং কায়না উই। কপবোর্দ অহুমগী অমদি লাইরিক থন্না য়াওই। ফমুংদি অমখক্তনি থারিবা। নাল্লবা তোইলেট কাদুগা শম্নরে। ফজরবা সোফা অনীসু ফমুংগী মায়োক্লবদা থারি। মফম চানা থেৎলি-থল্লিবা লৈতেং কয়ানা কাদুদা হেক চঙলকপা মীশিংগী মীৎ ইথক থক্কৎহনগনি।

শকুন্তলা সোফাদা ফমথবগা তপ্না হংঙি, “ মেদাম , ঐখোয়বু মফমসিদা লৈহনবীগদৌরিবসি করিগীনো? ”

এস. পি. নোকফেৎ তৌই। ঈংনসু য়েংঙি।

“ অহানবমক্ত ঐনা নখোয়দগী সর্ত অমতং নিজরি। মদুদি , ঐঙোন্দা ব্রা য়াম্না হংবীদবা। ” এস. পি. নুপী অনীগী চিংনবা কোক্লবা তাক্লকখি, “ ঐ দিউতি তৌরিবনি, নখোয় খুদোং থীবদগী ঙাকথোক্লবা মফমসিদা লৈরিবনি হায়বসি খঙবীবগা লোয়ননা অরোন-অথুপসু ঙাকপীবা তারে। শান্তনুগী মখা তাবা পাউ ফংনবা ঐনা কন্না হোৎনজরি হায়বসিমগা খঙনীয়ু। চান-থক্লবা থৌরাং পূম্নমক ঐনা শিঞ্জরক্কনি। হৌজিক নুংঙাইনা পোৎথাবীরো। উপুদা লৈরিবা ফিশিংসি শিজিন্নবীবা য়াগনি। ঐ অমুক থোকচরগে। ”

এস. পি. কূমথখ্রে। শকুন্তলাগী কোক্তা অঙকপা মশীং হেনগৎলক্লি। কানুংদা মখোয়, অমনা ফমুংদা, অমনা সোফাদা ফুন্সংনবগুম তুমিন তুমিন ফল্লম্মী। শকুন্তলা মীৎকী পি তৈথোক্লুনা তপ্না হৌগৎলগা ফেন থারম্মী। অদুবু পুক্লীংগী ওলাংবদি করি উপায়না ফাথগদৌরি?

বালানা হায়, “ ঐখোয়না ব্রাকৎলুবা নত্ত্রগা হায়জরুবা য়াওদনা পুলিসনা অসিগুম্বা থৌরাং তৌবীফম থোকপ্রা? মশানা পুলিসনি হায়না শক্তাক্লবসু ঐখোয়না মহাকপু মশক খঙদে। হংনীংবা ব্রা কয়াসু মহাক্লা থৎতুনা থল্লি। ইমানা মহাকপু মমাঙদা উখিবা নত্ত্রগা শকখঙনখিবকা

লৈখিব্রা? ”

মমানা খুম্লকই, “ ঐ মহাকপু অমুক্তসু উখিদ্রি। অদুবু কৈশাম্পাৎলোমদগী নুপী অমা আই. পি. এস. ফংবগী পাউদি চহী খরগী মমাঙদা তাখি। লৈশাবী ওইরি হায়নখি। মিংদি প্রিয়া হায়বা মাল্লি। ওম্বোকপনি, ঐ মমিং ফাওবা হংহৌদে। ”

“ ইমানা হায়বা মিংদু চুম্মী। মহাক্কী আই. কার্দতা ইবদু উবীহৌদব্রা? ”

“ হোয়নহে! শোয়দ্রে, মহাক আই. পি. এস. প্রিয়ানি। মহাক্কী মীংয়েংদা থৌজান য়াওরি; মথং করি তৌরকপা হায়বদু য়েংবা তারবনি। ”

নুমিদাং থুংলরে। কাদুগী ট্যুবকী মঙাল মপূং ফায়। বালা সন্ধ্যা পূজা অমা নাম্বোকখ্রে খন্না নুংঙাইজদে। পঙখাদি লেপহনবা য়াদে, কাঙনা শয়োম শয়োম্লি ঙংলখিবা। ওলাংবগী চাংসু য়াম্না ৱাংখৎলক্লি। নোং নকশিল্লকপগী খুদম লৈ। মপান থোক্তুনা, নত্রগা য়ূমথক কাদুনা লৈকাই, লমদম অমসুং ঈশিং-নুংশিৎকী ফিভম খঙনীংলবসু এস. পি.গী চেকশিন-পাউতাক্তি শকুন্তলা কাউরমদে। কৃক কৃক ইন্নরবা য়ূম্লক্তা থোঙনাউদগী করি উগনি। মখোয় তশেংনা জেলদা লৈরে হায়রবসু য়ারবনি।

পূং তরেৎ তারমদাইদা প্রিয়া চঙলক্লম্মী। মহাক চাক চানবা পাউ পীবা লাকপনি।

মখা চাকশঙদা চাক চারুরগা মমা-মচা মথক কাদা অমুক কাখৎলক্লে। পূং তরেৎ তারকপগা মখোয় টি. ভি.দা নোর্থ-ইষ্ট পাউ তারম্মী। হায়রকখি — নুমিৎ মঙানিগী মমাঙদা ময়ূমদগী মাঙখিবা গুৱাহাটী আই. আই. টি. গী ওজা ডা. শান্তনুগী মরী-মখোঙ হৌজিকসু খঙবা ঙমদ্রি।

পাউ অসিনা শকুন্তলা অমসুং বালাগী থম্মোয়নুংদা লৈবা চয়েৎনবা খরদি কোকহল্লবসু মাঙখিবগী মরম খঙনীংবগী খৌরাংবদি হেনগৎলক্লি।

শকুন্তলা টি.ভি. লৈথরগা হায়, “ মওংসিদা মহাক্কী ৱাফমসি মনুংগী মীশিংনা লোত্তুনা থম্বা মানশিল্লক্লবনি। ”

" মদুগী প্রমাণ য়াম্না উরে। " বালাসু মান্নবা মত পী, " করি মরমগীদমক করি পার্টিনা ফাগ্রিবনো হায়বা খঙদবগী ৱাতনি। "

" ৱাফমসি প্রিয়াদগী খঙনবা হোৎনবদা করি অকায়বা লৈরিবনো? "

" মরমদু মহাক খঙলমগদ্রা নত্তগা খঙলম্লোইদ্রা হায়বা ৱাফম থম্লগা, হংলুবদা তাক্লক্কনি হায়বা কয়া থাজদে। মদুগী ৱামাং য়ানখ্রে। মরম অদুনা ঐখোয় হৌজিক মহাক্না ফোঙদোরকপা ঙাইবা তারিবনি। "

" মনুং লালহৌবশিংনা মী ফাদুনা থম্বগী মরম অহুম-মরি পীনৈ। অহানবদা, শেলগীদমক, হায়বদি ডিমাণ্ড তৌরুবা শেল পীদবদগী ফারগা মন্ত্রিক্লবা। অনীশুবদা, পার্টিগী মায়োক্তা থবক তৌদুনা য়েক্লবা ওইরবশিংবু ফাবা। অহুমশুবদা, নুপী অঙাংদা কারন তাবা, লমচৎ নাইদবা, তমথীবা নেশা কারবার তৌবা, মীয়ামগী শেল চাবা অমসুং মাঙহনবা, সমাজগী য়েক্লবশিং অসিবু ৱারক্লবা ফাবা। ৱাফমশিং অসি য়েংলগা শান্তনুদা সীবা য়ারিবা মরালসিবু করিনো? "

কনাগুম্বা লন্নাই নুংঙাইনদবা লৈবা মীশিংনা হুঞ্জিল্লকপা ৱাফমদসু মীয়াম্বু চিংনবা পোকহল্লি। চিংনবা লৈবদগী ফাখিবা অমসুং মাঙহনখিবা কয়াসু লৈরমগনি। অরানবশিং চুমথোক্লবা, অচুম্বদা লমজিংনবা হোৎনরিবশিং অদুগী থৌওংদসু অশোয়বা কয়া য়াওরি। মনুং-মপান অনীমক্তা মীচং শঙ্গগী ৱা চাউনা লৈ। অচুম্বা ৱায়েলগীদমক হাপ্লিবা বিচারপতিনা মখোয়গী ৱাকৎপু করি তাবীরে? মফম খুদিংমক্তা মীচং কনবনা মতোং চাদুনা লৈরে, মতু শোনবশিংদি লেক্তুনা অসুম হিংবা তারিব্রা? অচুম্ববু অরানবনা নমথবদা নাচুংদবা; মীয়ামগী খোল্লাউ, আইনগী চৎন-লোন্দা সনমান উৎলক্তবা খুন্নাইদা হিংবগী অৱাবদু কাঙলূপ খরনা কন্না খাঙলি। মমা-মচাগী বুদ্ধিনা লাম্বা ফংবা ৱাফম কয়া নৈনবা লেপ্লে। শান্তনু মাঙখিবগা মখোয়গী থৌদোক ৱাথোকশিংগা মরী লৈনরে হায়বসিমদি ময়েক শেংলে, য়েৎননিঙাই ওইদ্রে।

নুমিদাং পূং মাপল খরা হেল্লক্লে, অহীংগী অচিকপা শক্তম হৌরক্লবনি। শকুন্তলা তুম্নীংবা ইফাও ফাওদবনা থোঙনাউময়াগী সোফাদা

ফমদুনা মেগাজিন অমা ফাক্লুনা য়েংলম্মী। বালাদি হিপথখ্রে। শকুন্তলা মখা শুমাঙদা মী খরা ঙাঙন-শক্লবগী খোঞ্জেল তায়। থোঙনাউদগী মহাক্না য়েংথখিবদা এস. পি. য়াওনা অফবা খৃৎলাই মতিক চানা পায়বা পুলিস কাঙবু অমা শুমাঙদা লেপ্লা উই। মখোয় য়াম্না থুনা জিপসি অনীদা অমুক চৎখ্রে। শকুন্তলানা খল্লি, পুলিস ওফিসরশিং অসি অসুম্না অহীং নুংথিল খাক্তনা থবক তৌবা, খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লবা জাৎনি। এস. পি.সি নুপীনি হায়দুনা মথৌদগী লৈথোকপা য়ারম্লোই। করি মরমগী ওইরমগনি? মীফা-মীপুন অরুবা ৱাফম অমদি শোয়দনা লৈরম্লগনি।

শকুন্তলা অসুম খন্না খন্না ফম্মী। মহাক্কী পোৎথাফমসি মমৈথংদা চে-কলমদা তারকই, অথেঙবসিদা অচৌবা খাটা বেগতগী লৌথোক্লুনা ইবা হৌরে।

পূং তরানিথোই তাশিল্লক্লে। মহাক হেন্না হেন্না তূম্মীংখিদ্রে। এস. পি. গীদমক নুংশা থীবা য়াওরি। মখোয়দু হল্লক্ত্রিফাওবা তূম্বা য়াগদবা মান্দ্রে। মমাবু পোৎথানবা তোয়না হায়রম্বী বালা অৱা-মৈশা কাউরি খল্লুবদা শকুন্তলা হৰাউরম্মী।

নোংয়াই মতুং পূং অনী তাবা মতমদদি শকুন্তলা য়াম্না চোকথরে। মহাক লমায় নিপান ইরে, লোয়ননা থোঙনাউদগী শুমাঙলোমদা মরক মরক্তা য়েংবসু লেপ্তে। থোঙ্গান্দগী অঙানবা লাইট অমা লাকপদা মমীৎ খংশিং শিংখি। শুমাঙদা মথং-মথং জিপসি অনী থাররে। এস. পি. কৃমথহৌরগা গাড়ী অনীমক মমায় লৈরগা চৎখিরম্মী।

এস. পি. মখোয়গী কাদা লাকখিবা য়াই খল্লুবা শকুন্তলাগী ৱাখল ওন্নখি। পূং অমা হেন্না ঙাইরুবদু কান্নখিদে। মমৈথংদা, নোংঙাল্লমদাই য়ৌশিল্লক্লবদা শকুন্তলা মচাগী নাক্তা হিপথরম্মী।

শকুন্তলাবু নোংখেক-নোংলাউনা মীকপ থোকহনখিবনি। খা-ৱাংদগী কুপ্লকপা নোংথাং মঙাল থোঙনাউ মিংশেলদা য়ৈবরি। মপান্দা নোং-নুংশিৎ ওখাক কল্লি। বালাদি ঈক-মায়থজবা লোইদুনা ফেন মখা সোফাদা ফম্লগা মশম কংহন্নবা ফম্লম্মী।

শকুন্তলানা হংঙি, "ইবেম্মা, নখোয় এস. পি. প্রিয়াদু

চঙলকলম্ব্রা? ”

“ চঙলক্কে, ইমা। কনাসু লাক্কে। ” বালানা খুম্মী।

শকুন্তলা মখা তারকখিদে, তপ্না হৌগৎলক্নে।

শকুন্তলা ঈরুজবা লোইদুনা মফি হোংদোক্লিঙৈদা মপান্দগী নুপী অমনা থোঙ হাংনবা কৌরক্লম্মী। ইমুংগী তেঙবাংবী নুপীনা ব্রেকফাষ্ট পীরম্বনি। মমা-মচা চা কপ অমমম পায়খৎলম্মী।

বালানা হায়, “ ইমা, নঙ ঙরাং অহীং য়াম্না থেঙনা তূম্বা মাল্লি। ”

“ হোয়। ” থেঙনা তূম্বগী মরম তাক্কদবগুম য়েংলম্লগা শকুন্তলা তেনশিল্লকখি, “ তূম্নীংদবা। ”

“ মেদাম প্রিয়াদুবু লৈরিগদ্রা নক্ত্রগা চৎথোকপ্রবা জাৎলা? ”

“ কনানা খঙগনি ইবেম্মা, পুলিস ওফিসরশিংগী থৌচৎপু। ঐখোয়গীসিবু জেলদা লৈবা মান্দ্রনে? ”

“ য়েংবা তারবনি, ইমা। ”

বালা ঙসিদি লাইরিক পাবদা পুক্নীং খরবু চঙবা ঙম্মী। মেগাজিনগী আর্টিকল অহুম শুরে মানা পারকপা। মমাসু ইবদা চপ চানা পুক্নীং লুপ্পনা মখোয় ব্বারী শান্নখিদ্রে।

পূং তরামাথোই তাবা মতমদা তেঙবাংবী অহলনা মমা মচাবু চাক চানবা চাকশঙদা পুরম্মী।

চাবা থকপগী মতম অমসুং মমা মচাগী হৈনবী থৌরমদা অহোংবা লৈতনা নুমিৎ মঙানি হৌখ্রে। মরকসিদা প্রিয়াগা মমা-মচাগা শকউনবা ফংলমদে।

তরুক্নি শুবা নুমিৎকী নুমিদাংব্বাইরমদা প্রিয়াদু শকুন্তলানা মখোয়গী গেটতা অহানবা উবা নুমিৎকী ফিজোল অদুমক্তা থোঙজিন্দা লেপ্লরে। শকুন্তলানা হরাও হরাও ওক্লবদা মহাক নোক্তুনা চঙলক্লম্মী।

“ মরূপ, ” প্রিয়ানা হায়, “ হৌজিক য়ূমদা অমুক হল্লসি। থৌরাং লোইশিনবীরো। ”

“ ফনি মেদাম। ”

মমা-মচা হরাওবা উৎলবসু মরম পূম্নমক খঙহন্দবসিনদি

নুংঙাইহন্দে, হংনীং হংনীং মখোয় তুমিন লৈরবনি। মপোৎ মচৈদি তহা তহা লোইশিল্লম্মী। মখোয়না মফি হোংবদু প্রিয়া অদুম লেপ্লগা ঙাইরম্মী।

প্রিয়া মশামক্লা থৌগদবা জিপসিদা শকুন্তলা অমসুং বালাবু কাখৎহনখি। মখোয় হান্না ঙাইদুনা লৈরম্বা নুপী অহুমগা ঙসিসু ফম্মিন্নরুরে। মখোয়গী গাড়ী মন্ত্রী পুখ্রী তম্না লাকখি।

যূম য়ৌরবদা প্রিয়ানা হায়, "মরূপ শকুন্তলা, হৌজিক্তি য়াম্না নুংঙাইনা লৈবীরো। য়েখাই-থিনগাই, অকি-অখং থোক্কনি হায়বগী চিংনবা থাদোকপীরো। অদুগা ৱাফম অমদি, হায়বদা নুংঙাইজদ্রবনি, শান্তনুগী মবী মখোঙ খঙবা ঙমদ্রি, মায়কৈ কয়াদগী খোঙ্গুল লীবা কন্না হোৎনরিবনি। নোংমা শোয়দনা খঙলক্কনি, থাজবীয়ু। মহাক মাঙখিবগী ৱাথোক চাউথোরক্লি, থিবা কাঙলূপসু য়ামখৎলকখ্রবনি। মহাক হৌজিক হিংলি। কবিগীদমক লোৎলিবনো হায়বসি পাউখোং ওইরে, ফংনবা হোৎনরিবনি। অনৌবা পাউ লৈবগা ঐ নখোয়গা উনবা শোয়দনা লাক্কনি।"

"থাগৎচরি, মেদাম।" শকুন্তলা নোল্লুক্লা হায়, "ঐখোয়বু করি মরমগীদমক মেদামগী য়ূমদা নুমিৎ মঙানি থম্বীখ্রিবনো হাযবদু খঙজবা য়াগদ্রা?"

প্রিয়া মোমোন নোক্কুনা খুম্মী, "মদুদি ঐনা মমাঙদসু হাযখ্রে, নখোয়গী পুন্সিদা লাক্কদবা শীংনরকপ কযাদগী ঙাকথোক্লবা থৌবাংনি।"

প্রিয়া চৎনীংলবগুম মপান্দা যেংলকপদা বালানা খাম্মী, "ঙাইবীখো মেদাম, চা থকপীখো।"

"যারে ইবেম্মা, ঐ অথুবা থবক লৈ। কোন্না অমুক থকমিন্নরসি। নুংঙাইনা লৈয়ু। ঐখোয় তোযনা উনখিগনি। হৌজিক্তি কিরুনিঙাই লৈত্রবনি, অদুবু ঐঙোন্দা তাক্লমদনা মফম কৈদসু চৎপা তৌবীগনু।

শকুন্তলানা খাম্বা য়াদনা প্রিয়া লাকমিন্নবশিং পুদুনা চৎখ্রে।

নুমিৎ মঙানিখক্তং থাদোক্লুবা যূমদু চহী কযা লৈবক্রবগুম বালানা খল্লম্মী। চাকশঙদা চঙদুনা অৱাৎ-অপা যেংলম্মী। শকুন্তলা তোইলেৎ চঙলুবদগী তফিং তফিং থোরকই।

"ইবেম্মা, পুপু অমুক্তং কৌরুচো।" শকুন্তলানা হায়।

বালা মমাগী ব্রাখল উবদগী মাগী অঙকপদুসু তাকই, " ইমা, ঐখোয়না চৎথোকখ্রিঙৈদা ইমুংসিদা মী চঙলম্লে, লেক্লম্বসু মাল্লি। "

" অদুনি ইবেম্মা, তোইলেত্তসু মদুগী খুদম লৈ। "

বালা মামতোন কৌবা চৎখি। শকুন্তলা কা খুদিং চঙদুনা অমাঙ-অতা লৈব্রা য়েংলম্মী।

য়ূমশঙবা মামতোন য়ৌরক্লে। স্বর শাংনা হোল্লগা শকুন্তলাগা মায়োক্লনা সোফাদা ফম্লম্মী।

" করিনো তৌরিবসিবো, ঐদি পূমঙক ঙক্লবনি। " অহল ব্রাকৎকা লোয়ননা হায়রকখি, " ঐ ভাব মেন অমত্তা তাদ্রে। হৌজিক লাক্লম্বা নুপীশিংদু কনা কনানো? "

শকুন্তলানা খুম্মী, " এস. পি. প্রিয়া অমসুং মহাক্কী মীশিংনি। মামতোন, ঐখোয়না চৎথোকখ্রিঙৈ মরকসিদা করি করি থোকখিবগে? য়ূমসিদা মী-পোং লেক্লব্রা?

" অদুনি, ইবেম্মা। " অহল হেন্না ঙকপগুম মখা তাই, " য়েংঙু, নুমিদাংব্রাইদুদা নমা-নচানা নুপীশিংদুগা থোকমিন্নখি। চৎফম তাক্লমদে, মরোল মরিসু অমত্তা হায়রমদে। থোঙ শো লোল্লম্লে। ঐদি নুমিদাংদকা হল্লক্কদবোই নীংলুই। অদুম হল্লকখিদ্রে, ঐ করিগী শাউরোই। নোংৌনবা অয়ূক্তা ককচিংদগীনি হায়বা নোংমা লাক্লম্বা অহলদুনা গেট হাংদোক্লবা কৌরকই। মহাক গুব্রাহাটীদগী লাকপনি, নখোয়গা য়াম্না উননীংদুনা চঙলকপনি হায়। নখোয়গী লৈফম তাকপা ঙমদবদগী মহাক নীংবা কায়না হনখ্রে। নুংথিলদুসু নখোয়গী য়ূম শো লোন্দুনা লৈরে। ঐ হায়ফম খঙদনা ব্রাখি। নখোয়না ঐবু থাজদ্রমাল্লে খল্লুরগা য়াম্লসু নুংঙাইত্রে। "

বালানা মরক থৎলি, " পুপু, ককচিংগী অহলদু অমুক হল্লকখিদ্রব্রা? "

" ঙসি অয়ূক ঙন্তা লাক্লম্বনি। মহাক গুব্রাহাটী চৎলি হায়রম্মী। নখোয়গী লৈফম খঙদ্রি হায়রুবদা মহাক য়াম্না ব্রাখি। করিগী পুলিসতা তাক্তনা লৈরিবনো হায়নসু ব্রারৌনা ঙাঙলম্বনি। "

শকুন্তলা মখা হংলকই, " মখোয় করিগী গুব্রাহাটী চৎলিবনো,

মরম হায়রম্না? ”

“ হায়রমদে, ঐনসু হংহৌদ্রে। ”

শকুন্তলা বালাদা নীংবা কায়না য়েংলম্মী।

“ ফরে, অতৈ করি করি, মখাদু হায়বীয়ু। ”

“ ঐ ফজনা তমগে। নখোয়না চৎখিবা মথং নুমিৎকী নুমিদাংৱাইরমদা নুপী খরনা গেট হাংনবা কৌরকই। নখোয য়াওবক্তবদা ঐ চিংনদুনা হাংলমদে। মখোয়না নমা নচা কৈথেন্দগী অচা-অথক লৈহৌরি, লাক্লগনি হায়বদগী ঐ গেট হাংলে। মখোয় অহুমদু নখোয লাকপা ঙাইহৌরি, ঐদি অদুম চঙলে। ঙাইহাক লৈবগা নখোয় ময়াম নোক নোক্লুনা ইমুংদা চঙখি। নোংঙানবা অয়ুক ঙন্তা নখোয়গী ফি য়ূমথক্তা ফৌবা উই। ঐ নখোয় কয়া লৈরিবনো, করি মবমগী মখোয়গা লৈমিন্নবিবনো হায়বদু হংনীংখিদে। মদুগী মরম মমাঙদা হায়খ্রে, ৱারৌজবনি। নুংথিল নুমিদাংৱাইদসু নখোয় য়ূমথক্তা ঙাইহাক লৈতনা চৎপা ঐনা উই। ”

“ পুপু, তশেংনা ঐখোয়বু উইকো? ” বালানা থৎলি।

“ উইইবেম্মা, ” অহল কন্তক খুম্মী, “ নঙগী ফিজোলসিমক্তনি। ”

“ ঐবুসু ... ? ” শকুন্তলা ঙকমনবনা নোকই।

“ হোয়নে। কান্নদবা পাউ করিগী তমগনি? ”

“ অদুদগী ... ? ” মখা চৎথবীয়ু।

“ অদুদগী অহীং নোংয়াই অদুৱাইদা নখোয়গী শুমাঙ মাঙ্গোন্দা মী খরা ৱা ঙাঙনবগী খোঞ্জেল তাদুনা ঐ মপান থোরকখি। অঙকপনি। নোংমৈ পায়বা নুপী পুলিস ময়াম্না নুপী অহুম শুমাঙদা উপহল্লগা লৈরম্মী। মখোয়দগী নোংমৈ মচা অনী মুনবগা লোয়ননা মকোক্তা, মফৈদা, নঙ্গন্দা বদনসু শুখি। ঐ য়াম্না পাখৎলম্মী। মখোয়না চৎলমদাইদা থৌদোক অসিগী মরমদা কৈরোই লৈকাই, অতোপ্পা মী অমত্তদা হায়দনবা কন্না মেল্লমখি, মদু ঐখোয়গী য়াইফনবনি, নত্তবদি খুদোং থীবা শোয়দনা নংগনি হায়রম্বনি। ঐ মখোয়গী ৱা ইনবা তাখি। ঐনা গেট লোল্লিঙৈদা নুপী সিফাই অমা লৈশিল্লগা নমা-নচাগী মতাংদা থৱায় করিমত্তা ৱাদনবসু হায়রম্মী। মখোয় চৎখ্রবা তুংদা ঐ গেট চেৎনা লোনশিল্লে। য়ূমগী থোঙদি সিফাইশিং অদুনা

মহৌশাগী ব্রাইখু শোদুমক্লা ফজনা লোল্লম্লে। ঐ হৌজিক ফাওবা নখোয়গীদমক নুংশা থীবা কোক্তি। তৌরিবা ময়ামসিবু অঙকপা নত্তে করম্না হায়গনি। ”

অহল অদু হৌজিক্তি থৌদোকশিং অদুগী মরম হংবগুম শকুন্তলাদা মুন্না য়েংলকখি।

শকুন্তলানা হায়, “ মামতোন, ঐসু মরম করিমত্তা খঙদে; ঐখোয়গী ইমুংসিদা পুলিসনা অরোনবা থবক খরা চৎথখ্রে হায়বসি নত্তনা। মখোয়না ফাখিবশিং অদুগী মরক্তা মামতোন্না মশক খঙহৌবদি য়াওব্রা? ”

“ কনাসু খঙদে। ফজনদি থিৎখ্রে। নুপীনিকা হায়দুনা খাকখিদ্রে। ”

“ মখোয়দা পুলিসনা হং-খোৎপা করিসু তৌখিদব্রা? ”

“ ঐ ব্রা য়াম্না তাহৌদ্রে। অদুবু, মখোয় কনাগুম্বগী মীনেক ওইনা নখোয়বু ফাবা লাকপনি হায়দোকখ্রে। ইবেম্মা, খঙদ্রেদা, মামতোন্দি অহলগা ওইরকপগা, থা অমরোমসি ওলাংখ্রেদা, থোক্লিবা থৌদোক-ব্রাথোক ময়ামসি খল্লুবদা মঙদুম মানশিল্লক্লে। ”

“ মসিবু কি হায়দুনা চেনবা য়ারিব্রনে, মামতোন। ”

“ অদুগী ব্রাদি, নখোয়গী মাঙদা ঐনা হান্না শিগে লেপ্লিবসিনি। ”

শকুন্তলা মমীৎতগী পি শিন্থখিবা খঙহৌদে। অরুবা পাউখোং কয়ানা মকোক ঙাওহল্লবী বালা তপ্না অমুক মখা তাই, “ পুপু , গুব্রাহাটী চৎখিবা অহলদু কৈদৌঙৈ হল্লক্কনি হায়রম্বগে? ”

“ ঐ হংহৌদ্রে, মহাক্নসু তাক্লমদ্রবনি। ” অহল ঙাইহাক ব্রাখল তৌরগা হায়, “ নখোয়গা উনবা ফংদবগীদমক য়াম্না নুংঙাইতনা শোল্লম্বগী মরম মহাক মতম খরদি গুব্রাহাটীদা লৈরুগদবা মাল্লি। ”

“ ফরে মামতোন, চিংনবা অমসুং অকিবা য়াওদনা ঈংনা অমুক্তং লৈনবা হোৎনরসি। ” শকুন্তলানা তেনশিল্লি।

“ অদুনি অঙাংশা, ঐখোয় চেকশিনসিকো। ” অহল ব্রাই খরদি শংলবগুম হৌগৎলকখি।

মামতোন চৎখ্রে। শকুন্তলা মচাগী মকশিল্লবা মায়থোং য়েংবদা অসুম অসুম কপ্নীংলক্লি।

# ১৫

থবক শূফমদা শান্তনুনা মশাগী মিং দিলিপ কৌই হাযখি। হৌজিক মহাক ময়ামগী 'তামো দিলিপ' নি। মহাক্কী লেঙগা ওইবা অনীনদি মব্দপ কৌই। খোলা অমত্তদা থা অনী মখায়রোম লেঙদনা লৈমিন্নদুনা চাকখুম পূল্লক্লবা, থবক শূমিন্নরক্লবা নুপা কুন্নিপাল হৌজিক্তি অমনা অমবু শক মুন্না খঙনরে। দিলিপকী চীং-লেম্বা শক্তম অমসুং ঈং-তপ্পা মতৌনা মহাকপু মীপূম খুদিংমক্না নুংশিহল্লি, মহাক্না লোয়ননা থবক শূনীংহল্লি। মহাক ময়ামগী অৱা অনা উই, তেঙবাংনীংবগী ৱাখল লৈ। কৈদৌঙৈদসু মতন থৈদে। মহাক্কী মনুংদা ফুল্লিবা মহৈ-মশিংগী অৱাংবা গুণ ময়ামদুদি মপান থোরক্তনবা পাঙ্গলগী থবক্লা ননশিন্নবা কন্না হোৎনরম্মী। শত্রম শাবা, ফুটশিং পাবা, শেলগী হিসাব হোৎপদা থৌরিবা বুদ্ধি য়েংলগা লাইরিক হৈবা খরনদি মহাকপু চিংনরম্বসু য়ারিবনি। মরম অদুনা মহাক অসিগুম্বা হিসাব পাবগী মতাংদা লাপ্তক থৈদোক্তুনা হেক হেক ফম্লম্মী। লৈমিন্নরিবশিংদু অয়াম্বনা চহী কুন্থ্রাগী মখানি। ময়ূম মকৈ পাল্লবশিংনদি মশীং খরা হেল্লি। মহৈ-মশিং মতিক চানা হৈরবা, ৱারী শান্নবদা, মরৈদা মীনা লাকচবা য়াদ্রবা, মীরক তিনবা, হায়বদি, মেট্রিক পাসনি, বি. এ.নি হায়নরকপা কয়া য়াওরি। লাইরিক য়াম্না হৈবগী মতৌ লৈবা পাখং অমদি মহাক্কী ক্লাস তাকউ হায়বা খক য়াদে। মহাক পঙনা নোক্কে। নীংবা কায়বগী

শকফম অমা মতম পুম্নমক্তা লোয়নৈ; পাখংদু শান্তনুগা পুন্না থবক শূমিন্নবা, লৈমিন্নবা অমসুং ৱারী শান্নবা য়াম্না পান্মী। শম্না হায়রবদা মহাক শান্তনুদগী লাপথোক্তনবা হোৎনৈ।

চীংজাউগী নুং ফক্লাংগুম্নবা চীংমায়দা নৌনা লম্বী শেম্বগী থবক মঙম চৎপা ঙমদে। লী-ৱাগী মরু ফুকই, নুংজাউ-উজাউ থৈদুনা চৎপা য়াদে। লম্বী ময়ায়দা থৎলম্বা নুংবী অমা থুগাইনবা নত্রগা ফুক্লগা মখাদা ওন্থহন্নবা হোৎনবদা নুমিৎ তরানি চঙবা য়াওই। উজাউ অমা মরু-মরা ফুক্তোক্লবা মী তরানা হোৎনবদা নোংমা চঙলিবনি। অদুগী মথক্তা লমদম অদু চিরাপুঞ্জীদগী হেন্না নোং চুগনবা মফম ওইরমগদবা মাল্লি। চীংদোন লান্না লৈচিল মতুম অমবু পাইরবদি খরদি অদুম হৈথরল্লে। নোংলক্তা থবক শূরুবদা অরুম-লাইহৌনা ঙাইরমগদৌরি, মফমদু মেলেরিয়াগী মকোন্নি হায়নরিবনি। মরম অদুনা মতম মাঙবদা মখোয় পাম্মুরুবা য়াদবনি। শীংজং, গয়ন্তী অমসুং য়োৎপাক্কী থবক্লি, অহৌবা মীকুপ্তগী হুমাং অদুম শিন্থরে। মখোয় পুম্নমক্কী খূবাক মরোল অহুম্লক্তগী তাদনা পোকখায়নরে, ঈ থোকপসু য়াওনরি। অদুবু লৈঙমগী পান্দম ফংনবা হোৎনবদা মখোয় নাই হায়নখিদ্রে। ফিভমসিদগী শান্তনুগী হকচাং ময়েং য়াম্না তারে।

চীংনু মানুংদা থবক শূবশিংনা খ্বাইদগী তন্নবা অমা হায়রবদি অথাপ্পদগী ঈশিং শোকপনি। খোলাসি অফবা ঈশিং খোংগী য়েংলগা শাখিবনি। অদুবু নুমিৎ তরানিমুক্কী তুংদগী অহীং-অহীং লৈখোম থোক্লা নৈখাইরল্লে। মদু লাইরেল নত্রগা লমওক্লা ওইরম্বা য়াই। ঈশিং শিজিন্নবা য়াদ্রে। মরম অদুনা হৌজিক মখোয় থাপ্পা লৈবা লোক, তুরেলদগী ঈশিং হোনবা তারি। কিমি অমরোম ঙম্বা চীংদা ঈশিং টিন অমা পুরগা হাইগৎলকপা অরায়বা থবক নত্তে, দণ্ডি অমনি। ময়াম্না তন্নবা থবকসি শান্তনুনা অয়াম্বা তৌই। নোংঙানবগা মহাক টিন পায়দুনা লোকখাদা হেক্তা চেন্থখি। ৱাখঙবা নহা অম-অনীসু মতুংবুদি অদুম ইল্লকই। অদুবু, শান্তনুদা ইকাই খুম্নবা উৎপদা, নোংমতসু লৈথোকখিদবা নহা অমদি মশাগী ক্লাস তাকউ হায়বা য়াদবা, ঙাঙগন্দবা নুপা অদুনি। মহাকসু শান্তনুগুম ময়ামদুগা অহৌবদগী শকখঙ-মায়খনরকপগী মতৌ উদে।

ঙসিসু শান্তনু পাখং অদুগা লোয়ননা টিন অমমম পায়দুনা নোংনা চোৎলবা অঙম্বা, শৃ-শৃ নানবা, অখূবা লম্বীদুদা কূমথরকখি। ই-লাং অমসুং উনানা কুপশিল্লবা লম্বীদুদা মখোয় অনী নাম্থুবা মশীং খঙদ্রে। লী-ব্রা অমসুং লম কেটকী মরক্তা লিৎ লিৎতুনা ফক্লাংদগী নাম্থবগুম মখোয অনী শাংনা শাংনা শিৎথরম্মী। মখোয় ঙসিদি ফি-রোল শূবগা শেংনা ঈরুজথোক্লবগী ব্রাসু হায়নরকখি। অকোনবদদি শান্তনু লম নিপাল্লোম নাম্থখ্রে। উ অমদা মখোঙনা কাওরগা খাঙলমদ্রবদি লোকখা নূংলক্তা য়েশিন্দুনা অশোক-অপন নংলম্বসু য়াই। ইস! পাখংদুসু তান্নবগুম নাম্থরক্লে। মখোয অনী নোক্লীংবদুম পোক্লে। অব্রাবা হন্দোক্লবা উখোঙদুদা ঙাইহাক লেপ্লগা অমুক কূমথবা হৌই। মউদা ঈশং কারবা, লম অনী অহুম্না কোনবা, মতোন উনবা হোৎনবদা কোয়েৎ তারবা উরক্তুদা মখোয় অনী কূমথরক্লি।

শান্তনুনা উ অমদা মখূৎনা নাল্লগা হায়, " য়েংঙু , মসি মীনা যাম্না পান্নবা, মমল য়াল্লবা উনিংথৌ হায়বদুনি। অদুবু মাগী হৌফমসিনা মবম ওইদুনা তাইবংদা কান্নবা পীরমদনা অরেম্বদা তেক্ল-পূল্লগা, শীংথাবীনবা লৈতনা মাঙখিগদৌরিবনি। "

পাখং শান্তনুদা মুন্না য়েংলকই, মহাক্কী থম্মোয়দা করিনো অমনা য়েখিবগুম তুমিন লৈখি।

" তামো, মথক-মখাসিদা লৈহাউ, তল, তলহাউনচিংবা ফর-ফরবা উ কয়া হৌরি। মাঙখ্রিবসি য়াম্বা জাৎনি। পাম্মুই হায়দুনা কৈদৌরুনি। " পাখং অমুকসু নাম্থগে তৌবদা উশা অমা পায়দুনা খাঙঙি, " তামো, মসিগী অঙম্বসিদা ঐখোয় ঈশিং পুরগা কারকপা ঙমগদবা মান্দে। অসোমগী অকোইবা লম্বীদগী লাক্লসি। "

মখোয় তুরেলগী শকফমদা হাইগৎপদি ঙমদ্রিবা অচৌবা লোক অমা য়ৌরক্লে। স্বর শাংনা হোন্দোকই। ব্রা-ব্রা চেল্লিবা ঈচেল মপান্দা টিন অমসুং ফি থল্লগা শান্তনু নূং অমগী মথক্তা ফল্লম্মী।

" ইন্দু, নহাক্কী মিং অনী-অহুমকাদি শুদেকো? " শান্তনু ফাগি ব্রাহংদা হৌই।

পাখং ঙক্তক য়েংলকই, " তামো, শুজদে। কৈদৌরগে? "

" কৈসু তৌদে, হৌজিক কান্দি মিং য়াম্বা চৎনৈদনা। লৈফমদি? "

" খুরায়দনি। সাজোর লৈকাই তাবীব্রা? "

" হোয়, তাখ্রে। অদু, ইনাও ইন্দু, ময়ামসিগী মরক্তা হান্নদগী খঙনবা মীদি য়াওরক্ত্রা? "

" কনামত্তগা খঙনজরক্তে। "

" অদুদি থবকসি কনানা হায়বদগী লাক্লিবনো? "

" ইমান্নবা অমগী ময়াম্বা, ঠিকা খরা খরা চেনবা অমনা শীল্লকপনি। "

চীংদোন্দগী লিৎখৎলকপা নুমিৎ মঙালনা য়ৈবদা লংত্রিক লংলবা নুংজ্রেং মথক্তা মখোয় অনী মফি-মরোল হোংদোক্তুনা, নিম মচু শারবা, নুংজাউশিংদা থেংগায়দুনা চেল্লিবা ঈশিংদা কূমথরে। কুইবা য়াবা নত্তে, ফি শূবা হৌরে। ইন্দুদি ঈশিংদা চারিবা ঙাশিংদা মরক মরক্তা য়েংলম্মী, ফানবসু হোৎনরম্মী। তোর্ব্বান ব্রাংমগী মনা পূংলবা উজাউ-উশাশিংদা য়োংশিংনা চোং ফন্দুনা শান্নবদুসু য়েংবদা নুংঙাইবা কুমহৈনি। মখোয়গী মরক্তগী তাম্নাশিংসু খোম্থাং য়ৈনা খোংলকপা লেপ্তে।

মখোয় অনী ফি শূবা লোইদুনা ঈরুজনবা থৌরাংদা মচীন ময়া শেংবা হৌরে। খঙহৌদনা ঈশিং অনৈবা চেল্লকপদা মখোয় ঙক্তক য়েংলম্মী। মিনিট মঙাগী মনুংদা মহৌশাগুম লূনা অমুক চেল্লি। মদু করিদগী ওইফম থোকই খন্নরিঙেদা মায়ওক্লবা চীংমায়দা নুপা অমনা ষন ময়াম হোইদুনা চৎপা উরম্মী। মখোয় লোক অদু লান্দুনা চৎখিবনি। পোৎলূম পুরিবা ষনশিংদু ম্যানমারদগী হোইরকপনি। মখোয়না লৈরিবা লমসি মীরৈবাক্তা নক্সরে হায়নখিবদু শান্তনু নীংশিংলক্লে।

হন্দক্তি ইন্দুনা হৌরকই, " তামোদা ঐ করিনো খরদং হংজগে। "

" করিনো হায়য়ু। "

" তামোগী অশেংবা পোক্লফমসিবু ...? "

" মণিপুরদনি। "

" তামো হান্না করি থবক তৌবীরম্বগে? য়াম্না খঙ-হৈবা মীশক মাল্লি। "

" করি হৈগনি, মীনা ঙাঙন-হায়নবা তারগা ফাহৌবা খরনা মীতৌ তমদুনা, হৈদি হৈতনা মালহনবা হায়বদুনি। অদুগা ইন্দু, নহাক্তি লাইরিক্তা থোইদোক্লা থাক ৱাংলবা মীশক অমনি। "

ইন্দু নোক্লকখি, " তামোনা ঐঙোন্দা অমুক তাইশিনবীরে। তামোগী পাউখুম্না ঐগী খঙনীংবা কোকহনবা ঙমদে। "

" ঐগীসু ঙমদে। শৃরিবা থবকসিগা নঙগী মওংগা চুনবা ৱাৎলি। অতৈ মরম কয়া তাক্লীংদ্রবসু নহৈগী থাক ফাওবদি হায়যু। "

" হোয় তামো, খরদি তমজহৌই হায়বা তারে। "

" খরগী ৱা নত্তে, নঙ আ য়ৌনা হৈবা মীনি। "

" অদুদি, ঐ তামোগুম লোৎচরোই। চুম্মী, ঐ ফিলোসোফীদা এম. এ. নি। " ইন্দু মশা খরা কোমথোক্লে, " গোল্ড মেদল ফংবা মতমদা আশা কয়া তৌজখি। তুংদদি চরা হেন্দনবা চেল্লিঙৈদা হোৎনবগী তাঞ্জা ইফং ফংখিদ্রে। ইমানা ঐবু য়াম্না নৌনা হুন্দোক্লল্লে। ইপাসু নাদুনতা লৈখি। ইয়াম্বা অমা লৈবদু তলব চারে হরাউজরুই অদুবু, থবক তৌবী ইতৈমগী ময়ূমদা য়াওং ইনখ্রে। চরা ফংনবা হোৎনবদগী ইপাগী লায়েংবনা হেন্না লুশিল্লকখি। মীগী শেল য়াম্না পূখি। শেন্দোই হুন্নবা হোৎনবদা য়ুমগী মাল- চাং খরা লৈজবা কায়বা হৌরে। তোল্লিবা শেলশিংসি অমুক্তং শিংদোকপা ঙম্লবদি খনবদা ঐ থবক চিলহাও থিবা য়াখিদ্রে। "

শান্তনু মরক থৎলি, " নহাক্লা থবক অসি য়াওরকখিবগী মরম মদুনা লোইদ্রি। অদুগা, হৌজিক পাবুংগী ফিভমদি ...? "

" লৈখিদ্রে। শ্রাদ্ধ লোইবগা ইখ্বোল মচেৎ অমা য়োম্থোক্লগা য়াম্না শাবা শেলফম মখৈদি শিংখ্রবনি। লৈহৌরিবা খরদুদি ঐনা শূ নোম্লগা খরা খরা ইনখৎচগে হায়নজরে। তামো শেল অদু লৈকাইদুদা লৈমিন্নবা মাম্মশিং থোকপা ওজা অমদগী পুরুবনি। তোল্লমদবসু য়াবনি। "

ইন্দু কয়া হৈনীংদবগুম চপ লেপখি।

শান্তনুগী ৱাহং লেপ্তে, " পূরুদ্রবসু য়ারবা শেলদি করিগী লৌশিল্লুরিবা? "

" তামো, লীবু লীনীংদেদা, ইকাইনিঙাই মশক্লি। " ইন্দু মখা

হৈনীংদনা তল্লকখি, “ মণিপুর সিবিল সার্বিসেসকী পরীক্ষা অইবদি অনীরক ঙম্লগা ওরেলদা লৈহৌবগী য়াম্না কল্লক মৈশা লাংবা মতম্নি। লৈকাই অদুদা লৈমিন্নবা ঐগী মাম্মদু ইতৌ য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইতনা উই। নোংমা মহাক্না লোয়ননা নুপা অমা ঐগী নাক্তা লাকই। নুপাদু অচৌ-অশাং ওফিসর মন্ত্রীশিং য়াম্না খঙনবগুম ঙাঙগি। লৈফম্না ব্রাহেং লৈকাইদগীনি হায়। ওইনাম ইবোতোম্বা কৌই। সেক্রেটরিয়েত্তা থবক তৌবনি, মাম্মগা মমাঙদগী মুন্না খঙনবা মীশক্নি হায়। মহাক্না এদ-হোক্তা থবক হাপ্পবা রেবেন্যু মন্ত্রীদা ব্রানোম্বীগে শেল পীয়ু অসিনি। শূকশোই শোয়হল্লোই, করিগুম্বা শোয়রবদি লৌখিবা শেল শেন্দোই য়াওনা শিংগনি, ঙমদ্রগা হাৎপা য়াই, ওম্হোক্লা থাজহনখ্রবা জাৎনি। মাম্মনা ঐবু থবক ফংহন্নীংবসি করি অমুক হায়গনি। অয়ূক্কী অমুক নুমিদাংব্রাইগী অমুক অসুম খন্নরে। ঐনা থাজদে হায়রুবদা মাম্মা য়াম্না শাওখ্রে। মমৈথংদা শেল থৌরাং তৌরগা মাম্মদু লাক্লে। থবক ফংলবা মতুংদা শিংঙু হায়ররে। মদু য়ৌরবদা ঐ হোয় হায়দবা ঙমখিদে। ইবোতোম্বগী ময়ূমদা লূপা লাখ অমা মাম্ম ঐখোয় অনীনা থিল্লুরে। তুংদদি ইবোতোম্বা থবক্তগী সস্পেন্দ তৌরবা, মণিপুরগী মফম কয়াদগী অপঙবা থিদুনা শেল লৌথোক্লগা কোইরোৎ লোত্তুনা লৈবা মীশক ওইরম্লে। মাম্ম ইকাইরে। ঐ ইবোতোম্বদা শেল থৌবা ইথন্তা ইতৎ তত্তনা চৎলি। ওত্রে-পাদ্রে তৌদুনা খক পীরক্তে। ইফোং ফোংনা হায়রকই, মহাক মদুগী কারবারদা শেল তাল্লগা মচা-মশু, ইমুং-মনুং থাক্লি, নত্তবদি লোইনা শিরগনি। তৌরিবা থবক্তু চার-সৌবীসকী থবক্নি হায়বা খঙনা খঙনা তৌরবনি, মরাল অদুগীদমক মহাকপু হাত্তোক্লম্লবসু য়ারে। ব্রাদু তাবদা ঐ খাঙফম খঙদনা শাউখি, মঙোন্দা থীনা চৈরে। অতোপ্পশিংনদি হূই-য়োংদা ঙাঙবগুম ঙাঙলিবনি। মদুগী লমন্দা মাগী নুপীনা ঐঙোন্দা নুরানা থারকখি। ঐ অশাউবা লাকশিনবা ঙমদবদগী ময়ূমগী কাচিন্দা লৈরম্বা লিক্লী অমনা ইবোতোম্বগী মকোক্তা য়েরুরে। ইমুংদু ঈনা পূমচাই চাইরে। লৈকাইগী মীশিংনা ঐবু ফারগা পুলিসতা শিন্নরম্মী। ঐ লোকপ্তা লৈরে। ঐ পুক্লীং নুংশিখি, ও. সি. দা থৌদোক অদুগী ব্রারী মরীক চুম্না লীরম্মী। পুলিস ষ্টেসনদা লৈরম্বা, ঐগী ব্রারী তাখিবা পুলিস পূন্নমক নোক্তবা য়াওখিদে।

নুপা অদুনা মখোয়দগীসু পৈসা লৌথোকখিবগী ৱারী মথং মথং তৌনরকখি। মমৈথংদনা ঐ মরম চাদনা শেল পীজবা অমসুং মীবু হাৎনবা এতেম্প তৌবগী চার্জ অমা মায়োক্নবা তারক্নবদা মাম্মনা লূপা লীশীং মঙা পুলিসতা পীজরগা ঐবু লৌথোকপা লাকখি।

মাম্মনা শেল শিংঙু হায়না ঐঙোন্দা থৌবা ঙমদে। মহাক ইমুংগী মীশিংগী মমাঙদা মৈশা য়াম্না লাংখি।

মাম্মগা লোয়ননা নোংমা ঐ তাচৌ অমসুং ইতৈমগী নাক্তা চত্তুনা শেলগী তেংবাং খরা নীরুই। তাচৌ শাউগৎলকখি, এম. এ. য়ৌনা ৱানা তমহল্লে, হৌজিকসু অসুম য়েংদুনা লৈখিগদ্রা, কোন্দুনা থম্বগী মতম্লা অসিনি। য়াম্না চুম্লবা ৱাফম্নি। ইতৈমদি ঙাঙনবফাও য়াওখিদ্রে। মাম্ম মথা য়াম্না শাখি। মহাকসু মচাশিংগী খরচ হুনবদা খোক মতোনগী ফিরালগুম্লিবনি। লুরিবদি মহাক্না পূথোকখিবা শেলফমদু অতোপ্পা মরুপশিংদগী পূরুবনি। মরম অদুনা ঐগী ইখোল শরুক পোইন্ট ৫খক্তং লৈবদু য়োম্হোক্লগা মাম্মগী শেল শিংবা তারকখি। থবক্তু ঐনা মাম্মদা তাকখিদে। মীনা য়ুম শাজিল্লরবা মতমদা মহাক খঙলকখি, কপখি। ঐ মতম মতমগী হিংনবা কোইচেন চেন্দুনা অঙাং লাইরিক তম্বীরম্মী, মীগী য়ুমদা ভারা অহোংবা থিরগা লৈরম্মী। থা তরুকলোম ৱানা খাঙলবা তুংদা ঐ প্রাইবেৎ স্কুল অমগী ওজা ওইরে। তলবতি লূপা লীশীং অমা চামঙা খক্তনি, অদুবু ট্যুসন্দগী লূপা লীশীং অহুম্লোম ফংখি। ঐ হিংবদা ৱানা থোক্লরোই খল্লম্মী।

অদুবু ঐঙোন্দা ইশাগীদমক নত্ত্রগা ইমুংগীদমক থোইনা খল্লুদবা, ঐগুম্না উপায় লৈজদ্রবশিংনা মকোক্তা মখূৎ হাপ্তুনা হিংনবা উরুবদা য়াম্না ৱাবা মতম অমা লাক্লে। ঐ মদু খক কাউথোকপা ঙমখিদে। মান্নবা খুন্নাই, অচৌ-অপিক খায়দবা, ঐগী কাঙলূপকী ওইবা লৈবাক অমা য়াম্না উনীংলকখি। মদু অঙাং ওইরিঙৈদগীসু পামজবকপনি। মবম অদুনা ঐ ...। ”

“ লালহৌবা য়াওরগে খনখি, অসিরা? ” শান্তনুনা থৎলম্মী।

“ লালহৌবা য়াওবনা পান্দম অদু ফংনবা লম্বী ওইবিব্রা, ঐ অসুম খন্দুনা লাকই। তামো, ঐ য়াওখিবা য়াই, হৌজিকমক্তি অবেপ্পা ওইদ্রি।

মীগী শেল শিংদোকপা লোইদ্রি। অনীশুবদা, কাঙলূপ য়াম্মনবসিনা ঐবু ব্রারেপ লৌবদা ব্রাহল্লে। পূন্না অমুক্তুং লীচিং অমগী মখাদা চঙশিল্লবদি ঐ কয়াগী মতিক নুংঙাইজগনি। মতাং অদুনি ঐনা ঙাইজরিবসি।"

"ব্রাফমদু নখোয়গুম্বা ব্রাখল লৈবশিংনা হোৎনরবদি ওইথোকপা নক্লা লৈ।"

"ঐগী ব্রাফমসিদা তামোগী করি মত লৈবীবগে?"

"ইন্দু, নঙনা মীয়ামগী, ইজাতি কাঙলূপ অমগীদমক খল্লিবদু ঐ ব্যবহার য়াম্না তৌই। অতোপ্পশিংগী সেবাগীদমক ঐখোয় হিংলিবনি হায়বা কাউফম থোক্তে। অদুম্নদি ওইরগা, সেবাগী মওং তোঙাল্লি। কনা অমনা পাঙ্গলনা, কনা অমনা লৌশিংনা, কনা অমনা মরল-মথুম্না। মসি পূম্নমক্তগী হেন্দোক্লুনা মথ্বায়সু কৎনৈ। ইয়াম্বনা পামজরিবসিদি পাঙ্গলগী মতেংনি, জাৎ-বিজাৎ থিদনা।" শান্তনু ঈশিংদা কূমথরগা শমজিল্লকখি, "ফরে, ইনাও, ঐ খঙলে, মণিপুরগী হায়নবা লাইচৎ নঙোন্দসু পক্লে। কোন্না অমুক খন্নরসি। ময়াম্না ঙাইনরম্লগনি।"

ইন্দুনা নপ্লকখি, "তামোগী মরমদদি ঐঙোন্দা করিসু তাকপীদে।"

শান্তনু নোক্লম্মী, "য়াম্না খঙনরকখিগনি। ঐনা নঙবু ইনাওমক্লি খল্লবনি। ঐখোয় কুইনা লোয়নখিসি।"

"তামো!" ইন্দু কপ্পীংবগুম য়েংলম্মী। অদুবু ব্রাফমদি ওল্লি, "শেলবু ফংলবদি মতম খরদি থবকসিদা খাঙখিগে খঞ্জরি, তামোদি?"

"ঐদি করিগী নঙবু থাদোক্কদৌরিবা? মীওইবনা থবক শূনরিবসি শেলগীদমক্তনি। খরা হেন্না কান্নবা মফম লৈরবদি হোংখিবদা অকায়বা লৈতে।"

মখোয় অনী ঈরুবা লোইরে। শুমহৎনিঙাই ওইরবা ঙারাকপী অমনা ঈশিংদগী ঙা ফানবা হুমথরকপসি তোয়রবনি। ফাবা ইঙম ঙমদনা, উচেক্তু থাপ্না পাইখ্রে, অপনবা পীবদগী শাউরম্বা মাল্লি। নুপা অনী অচোৎপা ফি লেংবান্দা য়াল্লগা কোক্তা ঈশিং টিন অমমম পুদুনা অঙম্বা চীংদা কাখৎলক্লে।

শান্তনুগা ইন্দুগা চান্নবা মরূপ ওইরে, মচিন-মনাওসু শক্লি। মখোয়

চামিন্নে, থকমিন্নে, অৱাৎ-অপা হংনে। অহীং তূম্ফমসু লোন্নে। থবক শূবদসু লাপথোক্লদে। মখোয় অনীনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌরগা থেংনরকপা অৱা-নুংঙাইগী ৱারী কয়া শান্নখ্রে। লংফৈ থবক শূফমদা পাখং ওইবশিংগী খ্বাইদগী পামজবা নুংশি নুংওনগী ৱাদি মখোয় ইপন পন্নরমদে।

নোংমা শান্তনু অমসুং ইন্দু লীনা য়োন্নবা চীংথ্রাউ পাম্বী অমগী উরুমদা ঙাইহাক পোৎথারম্মী। তেনৱা শঙ্গু শঙ্গু হয়েন চারি। প্রেক-প্রেক খোঞ্জেলদু অচিকপা উমংদুদদি লাপ্না চৎলি। কোকিল অমসুং পি থাদোই মালেম পূম্নমক নিলহনবগুম ঈশৈ তান্নরি। ৱাকলৈ, য়েরুমলৈ, খোংগনমেলৈনচিংবা তাংজবী লৈরাংশিংনা করিগীনো লোন্না শাৎলুরিবা? মখোয়দু য়েংবদা নাপল মাঙখ্রে, ফজবা তান্নবগী মতমসু ওইদ্রে। অদুবু উমংগী লৈতেংদি ওইনীংলি। ইন্দুগীদি অহোংবা লৈত্রবসু শান্তনুগী পুক্নীংদি ইনৌ নৌহল্লকখি।

শান্তনু তপ্না হৌই, "ইনাও ইন্দু, ঐসি মণিপুরদা পোক্লবসু মপান্দা লৈরকখিবা কুইরবগী হৌনবী মফমদুগী থৌদোক-ৱাথোকশিংগী মরমদা খঙবা য়াম্না ৱাৎলে। মরুওইনা, নীংতম লালহৌলূপশিংগী থবক-থৌওং পাউ-চেশিংদগী খরা খঙবা, তাবা নত্তনা হকথেংননা উরুবদি য়াওদ্রে। মখোয়গী লোনচৎ শাজৎকী মরমদা ঐ নঙোন্দগী খরা খঙবা পাম্মী।"

ইন্দু নোকফেৎ তৌই, "তামো, ঐগী পুক্নীংগী ৱা মমাঙদসু খরদি পঞ্জখ্রে, ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ হায়বদি ক্লাস সেবেন-আইট তম্লকপা মতমদা মণিপুর ভারত্তগী তোঙান তাগদবনি, নীংখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনা মরন্নাই লেপচগদবনি হায়বা খোল্লাউগা লোয়ননা, পান্দম অদু ফংনবা, মথ্বায় কৎথোক্লুনা চোংথোরকখিবা অথৌবশিংদু য়াম্না নুংশিখি, থাগত্তবা ঙল্লমদে। ঐঙোন্দা, মণিপুর নীংখা তম্ফম থোকই নত্তগা থোক্তে হায়বগী জ্ঞান করিমত্তা লৈত্রবসু লালহৌবশিংদুগী মতেং য়াম্না পাংনীংখি। নোংমদি ঐ মখোয়গী মতুং ইনগে হায়বা ফাওবা খনখি। অদুবু অসুম অসুম কুইশিল্লকবা মতম অসিদদি লালহৌবগী কাঙলূপ মশিং য়ামখৎলকপা, মখোয় মশেল শক্তি তান্নদুনা মুক্লরকপা, মখোয়গী লীচৎ-শাজৎ মোৎলকপা, লন্নাই ওইজবা থিবা ৱাখন্দা হেন্না লূপশিল্লকপা, মীয়াম প্রজাবু লান্না লমজিংবগী

মমি উরকপা, মদু হায়দোক্লবা মীশিংদা অকি-অখং পীরকপা, তৌনীংবতা তৌবা মানবা, মখোয়গী ব্রানা অরোইবনি ইন্দবা য়ারোই হায়বা, লোয়ননা অচুম অরানগী বিচার থওইরক্তবা শুপ্নম থৌওং ময়ামসি উরকখি; ঐ মখোয়বু নুংশিরম্বদগী কিরকখি। ঐনা পঞ্জখ্রিবা ময়ামসি অমুক্তং মখোয়না খল্থবীরগা অমত্তা ওইনা পূনশিনবগী ব্রাখল লাক্লবদি ঐ য়াম্না পেঞ্জগনি।”

শান্তনুনা মরক থৎলি, “হায়বদি, প্রজানা মখোয়দা পেন্দবা অমসুং থাজদবা লৈরে খঙনরবনি। প্রজানা মখোয়বু খমথেংনা কিনরকপা মতমদা মখোয় প্রায়শ্চিৎ থিরক্কনি। কল্লম্বা পাঙ্গল, থৌরম্বা লৌশিং, পৈশিল্লম্বা লন মতম পূম্নমক্তা মাগীনি হায়বা ওম্বা কনা লৈবগে? মসি মীওইবগী ব্রাংমদা লৈখ্রবা মীনা খুমগদবনি। ব্রাফমসি মখোয়দু খন্দবদি তৌরম্লোই। নহাক্কী ব্রাখলগা ঐগীগা মান্নবা য়াম্না লৈ। মরম অদুনা, ঐ ইশা অসি অখণ্ড-অহৈ, মখোয়বু পাউতাক পীবা ওম্বা মীশক নক্তবসু মখোয়গী মকোক থোংবা, দায়িত্ব লৈবা, মীশক খরগা অমুক্তং উনজরগা ঐগী অনীংবা, পুক্নীংগী ব্রা খরা হায়জবা ওল্লবদি ওহ্বোক্লা পেঞ্জগনি। হৌজিক্কী যুগতা নমথবীরবশিংনা খাণ্ডনা লৈফম থোক্তে।”

“তামো, তশেংনা মখোয়গা উনবীনীংব্রা?” .

“ঐ য়াম্না উননীংঙি। মসি ঐগী পুন্সিসিগী খ্বাইদগী মরু ওইবা থবক ওইরক্লবনি। ঐবু মখোয়গী লৈফম য়ৌনা পুবীবা ওম্বা মীশক অমত্তং ফংজরবদি ওহ্বোক্লা নুংঙাইজগনি।”

“মীদু লৈগনি, তামো। মখোয়গা উনবসু য়াগনি। মখোয় তাইবংগা উনবা য়াদবা লাইমক্তি নত্তেদনা।”

“ইনাওনা মদু শোয়দনা শীনবীবা ঙমগদ্রা?” শান্তনু ব্রাহংদা অওই তাশিল্লকপগা লোয়ননা চেকশিনবসু হেল্লকখি।

“তামো, ঐ মখোয়গা কৈদৌঙেদসু নকশিন্নজরুদ্রি। ঐখোয়গী লৈকাইদা লূপ খুদিংগী লুচিংবশিংগা খঙনবা ইয়াম্বা অমা লৈ। মহাক্কী মতেং লৌরগা ঐ তামোগী নীংবা থুংহনবা ঙমগনি।”

“অদু ওইরবদি ইনাও ইন্দু, নহাক্লা ঐগীদমক থৌরাং অদু শীনবীয়ু, ঐবু হুন্দোকপীরম্বা য়ারোই। ঐ নহাক্কী তুং অসুম ইন্দুনা লৈরগদবনি।”

" তামো ঐ ব্বাশকচরবনি। ঐ খঙজে, তামোগুম্বা মীশক অমগী ব্বা মখোয়না তাবীগনি। "

শান্তনুগী থম্মোয়নুংদগী কারকপা হরাওবগী ঈনোৎ মায়থোংদা হাইগৎলকখি। ইন্দু মদু য়েংলগা মথন্তা তুমিন নৈনরম্মী।

নোংমা নুংথিল অমা থবক শৃফম উখোং অমদা ফমদুনা শান্তনুগা ইন্দুগা পোৎথারম্মী। ইন্দুনা হৈরোন হৈরী খরা হেক্লুরগা পুরক্লে। মহাক খাউদগী থুম-মোরোক্কী ময়োম অমা লৌথোক্লম্মী মোরোক য়োম্লকপা চেজেৎতু মোহোরীনা নোংমা থল্লম্বা ইংলিশ পাউ-চে অমদগী শেৎলকপনি। মদুদা য়াওবা ফোটো অমদা মখোয় অনী য়েংলম্মী। কনাগুম্বা শান্তনু কৌবা আই. আই. টি. গী ওজা অমা মাঙখিবগী ব্বারোল অমসু ফোটোগী মখাদা ইরি। ইন্দুনা পাবা হৌরকপগা চেজেৎতু নুংশিৎনা হুম্লকপদা চীংখা উরক্তা লৈ-লৈদুনা পাইথখ্রে। শান্তনু মদু থৌশানা য়েংদবগুম তৌই। মহাক গয়স্তী পায়দুনা নুং ফুকপা হৌখ্রে। ইন্দুগী চিংনবা অমসুং খঙনীংবসু অদুম মাঙখ্রে।

য়োৎপাক্লা নুংচাক খোৎলিবা ইন্দুনা হায়, " তামো ঙসি ঙরাংসি লেবরশিংগী মরক্তা চিবোন চিবোন ঙাঙনবা য়াওরে। "

" করিনো ঙাঙনরিবা? " শান্তনুনা হংঙি।

" ব্বাফমসি নহান ঐনা মথক্কী সাহাইদা হেলিকোপ্তরনা থাদরম্বা পোৎ- চৈশিং অদুদগী থাউগা, হব্বাইগা লৈবা চৎপদা চকমা নুপা অমা থেংনৈ, মানসু ইঙ্গিৎ খরদি পীরম্লবনি, ঐ তামোদা তমখিদ্রি। "

" হায়য়ু করি লৈরবগে? "

" ঐখোয়গী খূৎশুমল মৎখিগদৌরি হায়নৈ। "

" কনানা? "

" ঠিকাদারনা। ঠিকাদার অশেংবদি আইজলদগী মিজো নুপা অমনি, থবক ফজনা তৌবগীদমক মেদল কযা ফংলবা মীনি। মঙোন্দগী অমুক ইম্ফালদা লৈবা নুপা অমনা খূৎথাং ঠিকা লৌবনি হায়। মমাঙদা, মফমসিদা থা মঙা-তরুক থবক শূরম্বা মৈতৈ মচা কয়া পৈসা অমত্তসু পীবীখিদে, চাবা থাক্লগা ফি মুনবা, য়াপীসু শৎহৌবা হায়নবদু থোকখি হায়। ময়ামদু য়াম্না ব্বানখি। মদুদা নিঙাই-শংদাইনরুবা মী অনীদি

ময়ূমদা হল্লকখিদে, পুলিসতা ব্রাকৎনবগী কেশ লৈ হায়বা শেংনা খঙনরে। অশেংবা ব্রারী ময়ামসি শাদানবা লাকপা মীজো খরনসু নোংমা তল্লম্বনি হায়নরকই। এদবাক্স পৈসা খরা পীয়ু হায়রুবদা মোহোরীনা ঙাঙলকখিবা ব্রাফমদগীসু ময়ামসি খঙনরক্লে।

শান্তনু য়োংখোক্তা শৌরগা ঙাইহাক খল্লি, মখা শমথৈ, " হোয়নে, মরকসিদা মোহোরী লাকপদা ঐখোয়গী মীশিংনা হিসাব পানসি হায়রুবদা – ' নখোয়না য়ূম থোক্লমদাইদা পীগনি, থবক লোইশিন্দনা চৎখিবসু য়ারোই ' হায়রম্বনি। কয়াদা হৈনখিদ্রবা ব্রাঙাঙনো। "

" অদুগা তামো, শেলগী হিসাব শেংদোক্লবা কন্না হেক তকশিল্লুবা মীদু অথাপ্পা মফমদা পুথোকপা য়াওখ্রে হায়নসু মখা খোলাগী মীশিংনা তাক্লম্বা ব্রা ওইরমাল্লে। "

" এ! অদুম্না অসুক য়াম্বা মীশিংগী হুমাংমনবু লেম্না মাঙহনফম থোকপ্রনে? "

" খঙদে তামো, ময়ামসি পুক্নীং নুংঙাইনা থবক্তি শূনদ্রে। "

মখোয় অনীগী ব্রারী লেপ্লে। অচৌবা নুং অমা ফুক্লবা হোৎনবদা পাঙ্গল য়াম্না শিজিন্নখ্রে, হুমাংনা পূন্নুপ লুপ্লবনি।

মথং নুমিৎতা মোহোরী শকখঙদবা নুপা অনীগা খোলাদা ꠆য়ূক ঙস্তা লাকই। অতোপ্পা নুপা অনীদু মিজো অমসুং অহোমিয়া ঙাঙঙি। নোংমৈ অতেনবা অমমম পায়। ময়াম্না মোহোরীদা থা থাগী ওইনা হিসাব শেংদোকপীনবা হায়জরম্মী। মোহোরী থওইনা তাদে। ঠিকাদার লাকপা মতমদা ঙাঙনৌ, মঙোন্দা হায়বনা কান্নরোই হায়না কন্থোকখি। মহাক্কী মথৌদি লেবরশিং থবক ফজনা শূব্রা নত্রগা শূদব্রা হায়না য়েংবা, মখোয়গী চান-থক্লাবা শীনবা অনীসিনি। মসিদগী হেনবা করিসু তৌবা ঙমদে হায়রম্মী। ঠিকাদার কৈদৌঙে লাক্কদগে হংলুবদা লাকমিন্নবা নুপা অমনা শাউগৎলকখি।

" করিনো নখোয়না ঠিকাদার ঠিকাদার হংলিবা, থিরিবা? মাবু হাৎকেরা? "

ইন্দুনা খুম্মী, " মরূপখোয়, অদুম্না হায়নবা ফত্তে, ঐখোয়গী

খূৎশুমল পীবীয়ু, হিসাব পানসি হায়বদা করি অকায়বা লৈবগে, ঐখোয় মসি হায়ফম হংফম থোকপনি। ”

অতোপ্পা খূৎলাই পায়বদুনা ঙংলকখি, য়ূ ঙাওবনা চুম্নসু লেপ্লা ঙমদ্রে, মরৈ ফাইনা হায়, “ তুমিন লৈয়ু, খবরদার, শিনীংদ্রবদি পৈসাগী ব্রা ঙাঙগনু, নক্ত্রগা চৎচখো, হয়েংমক । পৈসা ফংব্রা হায়রগা নথ্বায় মাঙজগনি। হাকুম নিঙাই চাউবা খরা ঐখোয়না লোইশিনবীখিবনি। ”

অহানবা নুপাদু হেন্না মদ কারকখি, “ ঐখোয় কনানো হায়বা খঙনীংব্রা? ”

খোলা শঙগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈবা ময়ামদু শাউনীংবনা ব্রা ঙাঙথোকপা ঙম্নদ্রে। অমনা অমদা য়েংনরম্মী। শান্তনুনা করিনো খরা হাযগে তৌবদা ইন্দুনা খাল্লগা শঙ মনুংদা পুশিল্লম্মী।

মোহোরীগা নুপা অনীদুগা চৎখ্রে।

খূৎকী অহলনা হায়, “ মখোযগী মতৌসিদি খৎনবা হৌবগী মওংনি। ঐখোয়না তারিবা ব্রাফমসি অচুম্বা ওইগদৌরি। ঐখোয় করি তৌসিগে, অমুক্তং খন্নসি। ”

ব্রা খন্নবগী মনুংদা উশিৎমন্দবদু খাঙদুনা লৈফম থোক্তে, শিদোকখিবনা ফৈ হায়নরকপসু য়াওরি। অদুবু, ঙাঙনরুবা, খৎনরুবা খুদিংমক ঠিকাদারগা হায়নৌ হায়রক্কদৌরি। ঠিকাদারদি ইম্ফালদগী, কৈদৌঙৈ লাক্কনি হায়বসু ঙম্বা নত্তে। মখোয়গা ওনশিন্নরুবা হায়বসি অপঙবা তাগনি হায়বা ভাব তানরে। মখাদা কি. মি. মরি-মঙা লাপ্না অতোপ্পা খোলাদা লৈরিবা মীশিং অদু ব্রাফমসিগী মতাংদা করি ফিরেপ লৌরিবনো শেংনা খঙদোকপা ফৈ হায়বা য়ানরে। মসিগীদমক মী অহুম খুদক্তা থাবা তারে।

মী অহুম চৎপদা ইন্দু য়াওরম্মী। শান্তনুনা মঙোন্দা যাম্না চেকশিন্নবা পাউতাক পীরম্মী। খোলাদা হৈঙমদনা লৈহৌবিবা নুপা কুনমঙা পূল্লপ থবক লেপ্তুনা মখোয় হল্লকপা ঙাইবম্মী।

পূংখায়মুক্কী তুংদা অরোনবা পোৎ কারবার তৌবা নুপা মবিগী পোৎনেক পুবা নুপা নুপী ময়াম মরী-মবী তুবেল্লোমদগী নৌনা শেম্বা লম্বী

তম্মা কাখৎলকখি। মখোয়না মফম খরদা লম্বীগী থবক শূবা লেবর কয়া থবায় নুংশা থীনা উমং লম্বীদা চেনখিবা থেংনরম্বগী ব্রা তম্লখি। মখোয় পূম্নমক চৎফম তিন্নখি, মণিপুরদগী ঙাক্তনি হায়নসু তাক্লম্মী। পাউদু তাবদগী ময়ামদু খোলা থাদোক্কুনা চৎনীংবগী ব্রাখল শান্তনুনা উরে। মহাক নাইতোম তারপ তুমিন ফম্লম্মী।

পূং অমরোমগী তুংদা পাউ লৌবা চৎখিবা নুপা অহুম তফিং তফিং হল্লকখি। ময়ামদু অব্রাবা পাউনি খঙনা ইঙক ঙক্লা য়েংনৈ। নুপা অনীনা ময়ামদা পাউদল্লিঙৈদা ইন্দু শান্তনুগী মনাক্তা লাকখি। মখোয় অনী মনা পূংলবা সয়ী পাম্বী অমগী উরুমদা ফম্লম্মী।

ইন্দুনা তম্লকখি, “ তামো মখা খোলাগী মী পূম্নমক চেন্নখ্রে। ঐখোয় মফম অদুদদি য়ৌরুদ্রে, মখোয়গী মী তরুক ঐখোয়দা পাউ পীবা লাকপদা লমখাংদা থেংনরে। মখোয় তুরেল্লোমদা কূমথখিবগা ঐখোয় অদুম হল্লক্লে। ”

“ মখোয়না চেল্লিবদি কদায়দনো? ”

“ মণিপুরদা, লম্বী খঙনবা জাৎ নত্তেদা, মায়কৈ য়েংলগা মণিপুরগী লম য়ৌনবা জঙ্গলদা অদুম চৎনগদৌরিবনি। ” শান্তনুগী য়ানীংদবা মতৌ য়েংলগা ইন্দু মখা তাই “ চহী মঙা থবক শূরবসু শেল শিকি অমা ফংলরোই, ঐখোয়সি নোংমগী চরা অনীদা লৈখ্রবা মীনাইনি। য়ানীংদবা উৎলুবদা হেক্তা লোইশিনখিগনি হায়বসি মখোয়গী লোনচৎনা উৎলে। খরা ঙল্লিঙৈদা, হায়বদি তাঞ্জা চারিঙৈদা চেলহৌদ্রবদি হকচাং কেম্বতা নত্তনা পুক্নি মাঙহনগদৌরিব্রা হায়না কিন্নরবনি। ”

“ লোন্না চেনদ্রবসু, তাক্লন্নগা চৎনবা য়াদবা জাৎলা? ”

“ য়ারোই তামো, থবক লোইশিল্লমদবা য়াদে হায়না ফাগদৌরি। দণ্ডিনি, নম্ফুনি। ঐখোয়সি মীনাইনি খনখ্রবনি। ব্রাকৎ হায়ববু খূৎ থোক্লবা, মখোয়না শিব্রা, ঐখোয়না শিব্রা। ”

“ থা অনীগী হুমাংমন, নোংজু-নুংশা, নারক শীংলক্তা, উজাউ-নূংজাউ তেমখাইবগী অব্রামল কৎথোক্লমলগা চেন্নগদৌরিবা? ময়ামসিবু থব্রায় পাল্লিব্রা? ”

" তামো, মদোমদা কম্থি ফুদোক্লুবগী কান্নবদু লৈগদবা মান্দে। ঐখোয় চন্নফম খঙদনা শিবগী অপঙবা ৱাখল থাদোকপা ফে। " ইন্দু শঙলোমদা য়েংলম্মী; " এ! ময়ামসি ৱারেপ তারমাল্লে, পোৎয়োমগা থোক্লরক্লে। "

" ফরে ইনাও ইন্দু, ঐ নখোয় ময়ামগা লাকমিন্নখিবা নত্তে, তোঙান চৎখিবা য়াবনি। অদুবু, ঐ নহাকপু থাদোক্লীংদে। মদুগী মবম নহাক কাউবা য়ারোই। ঐনা হায়গদবসু য়াম্না লৈরি। "

শান্তনু অমসুং ইন্দু শঙলোমদা চঙশিল্লি।

ময়ামদু চেঙ বেগ অনী থুগাইদুনা কুন্নিপাল থোক্লা য়েন্নরম্মী। অরৈবা থুম, থাউ, মোরোক, ঙারিনচিংবা কাঙলূপ মরি থোক্লা খাইদোক্লুনা য়েন্নবা লোইরে। য়েন্নবগী থবক অদুদা ইন্দুনা শান্তনু মখোয় অনীগী শরুক য়ারুই।

হৌজিক নুপা কুন্নিপাল কয়া কুইনা পূনখিগনি, হায়বা ঙম্বা নত্রে। থা অনীগী থবক্তা মখোয় কয়া অশোক অপন নংনখি, অনা-অয়েক যাওনখি। মদুদা কনানা লায়েংলুবগী ৱাখল তৌনখিবগে? মী মঙা নূংনা ননখি, খরনা চৈনা থিনখি, লৈরায়দগী ওন্থবসু য়াওনখি। ইন্দু খোঙবী কায়দুনা হাপ্তা অমা থবক শূবা ঙমখিদে। শান্তনুনা মখোয় পূন্নমকপু সেবা তৌখিবনি। হীদাক পীখি। মীকুপসিদা তৌবীমল উত্তুনা ময়াম্না মঙোন্দা য়েংনরকই। মহাক্কা লোয়নখিনি খনবদা মখোযগী পুক্লীং ৱাখল পিকশিন্দে।

মণিপুর তম্না খোঙশান্নবা থৌরাংসিদা শান্তনুদি অৱাবা নমথবা ঙম্বা নুংঙাইবা অমা লোয়নরি।

# ১৬

শান্তনুখোয়গী খোলাগী নুপা কুন্নিপাল লেংবান্দা খাউ অমমম য়ান্নদুনা নোংপোক মায়কৈ পাংলক্লে। থা অনী চুপ্পা, নূংজাউ কয়া থুগাইদুনা, উরু-ব্বারু ফুক্কুনা, ফক্লাংগুম ঙল্লবা, শ্লেটকুম নাল্লবা চীংঙম লৈরায়দা, খ্বাংদা লী পুন্দুনা গয়ন্তীনা ব্বানা হকখিবা লম্বীশিংদু য়েংলগা মখোয় পি শিন্থনখি। অব্বামল মাঙজরগা অসুক পাঙদনা করিগী চংকনি, শিরবসু শিরসি হায়না খাঙখিবা নুপা অনী-অহুমদু মমৈথংদা অঙাওবা তাখিবনি। থোং থাক্লবা কোল পাত্র মী খরগী নত্তনা অয়াম্বদি য়াওনদে। মসিনা মরম ওইরগা মখোয় পূন্না চত্তবা য়াদবা মতাং ওইরি।

মখোয় চংলিব্রা চেল্লিব্রা? অদুবু, লম্বী খঙনা চংপদি নত্তে। মখোয়না খঙবদি মায়কৈখক্তনি। মদুসু নারক, লোক্লুং, চীংজাউ উমংশিংদদি তোয়না মাঙগদৌরি। করি খুল তারুগনি, মণিপুরগী ঙমখৈ য়ৌবদা নুমিৎ-চয়োল কয়া চঙগনি হায়বা খঙবা কনাসু য়াওদে। মখোয় অরোনবা লম্বীদা হিংনবা চেল্লিবনি।

পূং অহুমলোমদি হায়ফেৎ মান্নবা খোঙথাংদা, চোইথোক্লবা য়াওদনা, পরেং চংলম্মী। ইন্দুগী খাউদা মৈখেৎ য়েৎতুমদগী হৌরগা চান থক্লবা, চেং-হব্বাই, ফি-রোল অমসুং থাঙ য়াওবনা কে. জি. তরামঙারোম লূল্লমগনি। শান্তনুগীদি ফি অমসুং কোল খরতনি। মরম অদুনা মখোয় অনী

খাউ ওন্ন-ওন্ন পুবা অহুম্লক শুরে। পূং তবামাথোই তারে, নোংনা মরম ওইরগা চানবা থৌরাং তৌনবদি য়াদ্রি। খুল লৈফম থিবসু পাম্নদে, মখোয়গী খোঙচৎ অরোনবনি, করম্না কাউগনি?

নুংথিল পূং অমা তাবা মতমদা নোং হাংলে, হৌজিক চানবা থৌরাংগীদমক খন্নবা মতম ওইরবনি।

নুপা কুন্নিপাল য়াচংবা মতমদদি কয়া য়াম্না পূল্লমখিনি, হায়বা ঙমদে। মাঙ থাখিবা কাঙবু ফনা য়াম্না লাপ্না চৎলম্লগনি। আ তুংদা লৈনহৌবসু য়ওখি। তোঙান তোঙানবা লম্বী ইন্নখ্রবনি। কাং-খোং চাইখ্রে। অথাপ্পদা মৈঙাল উরিবশিংদু খুলনি খঙলবসু করম্বা লম্বীদগী য়ৌরুগনি? অমম্বদা খোঙ থাংবা ব্বানরে, মদুগী মথক্তা অকনবা উমং- নুংশিৎনসু কন্না থিংলবনি।

শান্তনুনা হায়, " ইন্দু, ঐখোয়না থা অনী-অহুমলোম জঙ্গলসিদা লৈরকপদা য়াম্না লৌথীবা জীবশিং লৈবগী খুদম ইফং ফংদে। মদুগী মরম অমদি খুঞ্জাশিংনা য়াম্না লাপ্না লাপ্না শিকার চৎনবগী ওইবা য়াই। শাশিং অদু তাইবং মীদগী লোৎনবা হোৎনবদা য়াম্না ব্বারবনি। "

ইন্দুনা শমথৈ, " অদুগা তামো, আসাম নত্রগা মণিপুরগী তমেংলোংগী লমদা শা-কৈগী অকি-অখং পাউ তাবগুম মিজোরামগী লমদমসিদদি থোক্তবা মাল্লি। "

" অদু ওইরবসু ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা মফমসি মনুং য়াম্না হঞ্জিল্লবা, মী লন্না তাবা চীংনুং উমংদনি। ঐখোয়গী খূৎলাই য়াওদে, থাঙ মচাসিনা কৈদৌরুনি। ঐখোয় অহীংসি চরা হেল্লসি। হায়বদি চাক থোংবা ফররোই। মৈঙালসি নুমিদাংদা থাপ্না চৎলি। ঐখোয়গী লৈফম তাকথোকচৈ। "

ইন্দু ব্বাফমসি য়ানীংঙি। শান্তনুনা ইন্দুগী খাউদগী থাঙ লৌথোক্লুনা য়োৎখোকমুক চাউবা মতা ফবা উপল অনী য়াল্লুরে, মদু মনীং-মমাঙ মচীন থৌনা তুম্লগা খূৎলাই ওইনা পায়রম্মী। মদুনা মখোয়দা পাঙ্গল খরা হাপ্পগুম তৌই।

" তামো, ঐখোয় অসুম চৎখিসিরা ...? "

" য়ারোই, লেকফম য়েংলসি। নোংদম নাইদবদা নোং

হায়নরিবনি। নোংগা লমদমসিগা নক্লবা মরীসু উখ্রে। ঐখোয় চোৎপা য়াদে। কাকফৈসু অহুম শুরে ঙকশমদা নপ্পক্লিবসি। ঐখোয় ই-লাং হৌবা মফম অমত্তং য়েংখিসি। ”

য়াম্না শুক্লবা উমংগী শরুক অমা উচিন-নাচিন লাম্থোক্তুনা অতিয়াগী থবান্মিচাক য়েংদুনা চৎপা য়াবা মফম অমদি ফংলে। খরা কোকপা চীংমায়দা চৎপগী নুংঙাইজবা লৈ, লোয়ননা য়াংকোক মঙাগী অপাকপা লম মতেক অমদা ই হৌবা থেংনরে। শান্তনুনা ই-লাং য়াম্না হৈ শিংনা থাঙনা য়ান্দুনা পৈশিল্লম্মী।

“ তামো, তূম্ফম শেম্নব্রা? ” ইন্দুনা হংঙি।

“ ঐখোয় শ্বাইদা লেল্লসি। নোং তারক্লবদি মসিনা খন্নবা শেমগদৌরিবনি। সে, ইসি অকোকপা অসোমদা পুসি। ”

শান্তনুনা অমম্বদুদা মী অনী থুপ্পা য়ানবা ইগী তেপ অমা শারে। মখোয় অনী অচৌবা নূং অমগী মথক্তা পোৎথানবা হোৎনরম্মী। অরাম্বনা তূম্নীংবদি ফনা নীংথিনা ঙাকথোকখ্রে। মদুদা মম্লবা অহীংনসু পাংলি।

নোংয়াই মতুং অদুব্রাইদা অতিয়াগী খা-ব্রাং তূনা পূমঙান পূমঙান ঙানবা হৌরকই। তুংদা অয়াকপা, অরূম্বা খোঞ্জেলসু তারে। অকনবা নুংশিৎনা অঙ্গংবা নোংগী মনিল পুরক্লি। মখোয় অনীনা পাম্বোম্মুক চাউবা উ অনী য়ান্দুনা মচীন তুমখি। মখোঙ মরি শেল্লগা লৈমায়দা য়ূংশিন্দুনা ইগী তেপ মথক্তা থাঙ্গৎলম্মী। নোং পন্দনবা ঙমতক খনবনি। শান্তনুগী থৌরাং অদুগী কান্নবা ইন্দু পুন্সি চুপ্পা কাউররোই খল্লম্মী। মখোয় অহীং চুপ্পা, ইঙেনগী থিলহৌ-থিলহৌ চুখিবা অকনবা নোংদগী ফজনা কনবা ঙম্লে।

পূং অমরোম ফারে, নোং লেপ্তুনা চুরকপা। মখোয়না ঙাইরিবসি নোং ঙানবতা নত্তে, নোং হাংবসু য়াওরি। অরাম-খৌরাংবনা চোকথরে, তিংথোক্লীংবনা চুম্না ফম্বা ঙমশিল্লক্লে, মখোয় য়াম্না ব্রারবনি।

“ তামো, মতৌ করম্না অসিগুম্বা থবকসি শূবা লাকখ্রিবনো? ” ইন্দুনা হংঙি।

শান্তনুনা খুম্মী, “ ঐ শিলচরদা, বরাক্কী ঘাট অমদা ঙা ফাবগী

থবক য়াওগে খন্দুনা মী খরগা খোঙবু ওইমিন্নবা ঙাওনরিঙৈদা মিজোরামগী অথাপ্পা মফম অমদা সড়ক শেম্বগী লেবর পুবা গাড়ী অমা থেংনখি। শেল য়াম্না ফংবা থবক্তি হায়নরকখি। ঐসু মদোমদা চৎনীংলক্লে, য়াওগে হায়রুবদসু য়ারক্লে। মিজোরাম চঙবদা পাস কক্লে হায়বসু ঐ খঙলমদে। মখোয়গী ঠিকাদারনা অপূনবা পাস পায়রি, ঐ য়াওবদা অকায়বা লৈরোই হায়রকপদগী ঐগী হৈনীংবসু হেনগৎলকখি, অদুম লাকখিবনি। য়েংঙু ইন্দু, লম অসিদা চৎনরিবা পার্মিট ঐখোয়দা য়াওদে, হৌজিক পুলিসকী খূৎতা তারুদনবা হোৎনদবসু য়াদ্রবনি। পূম্নমকসি য়েংলগা ঐখোয়গী চেকশিন্নবা মরম য়াম্মী। ”

“ অদুনি, তামো, পুলিসকীদুম জেলখক্তনি নত্ত্রগা ফাইলনি। মীফত্তশিং অদুনা ফংলবদি লেম্নদি থাররেই। ”

“ ইনাও ইন্দু, নঙবু লৈকাইগী ঠিকাদার অদুনদি অসুম্না ৱারুনবা শীনফম থোক্তে। ”

“ তামো, মহাক্কী দোষ নত্তে, লাল্লিবদি ঐনি। মরমদি লেবর থিরকখিবা ঠিকাদার অদুগী তৌওম্বা ৱারী ঐ খঙনা খঙনা লাকখিবনি। ”

“ কনা ঠিকাদারনো, মিজো মচা অদুগীরা? মহাক্তি য়াম্না ফৈ হায়নখিবদাইনে। অদুগা হৌজিক্লা ...? ”

“ নত্তে, মৈতৈগীনি। ইম্ফালগী নাগামপালদা লৈবা, ভোটকাসু লেপ্পা উধব হায়বা ঠিকাদার অমগী ৱানি ঐনা হায়জরিবসি। নুপাদু কয়া ফবা মী নত্তে হায়বা ঐ মমাঙদা তাখ্রবনি। মহাক্কী থবক্লি হায়বদগী মী খরদি হন্দোক্লখি। মদু ঐ খন্থবা তৌদনা, শেল তান্নীংবগী ময়াইনা ময়ামগী তুং ইল্লকখিবনি। শূমিন্নরম্লিবা লেবরশিং অসি অয়াম্বনা ইম্ফালদগী থাপ্পা লৈবা তোঙান তোঙানবা খুঙ্গংশিংদগী ওইরম্লে, মতুংসিদা খঙলকপনি। ঐখোয় পূম্নমকসি মহা বদমাশশিং অদুগী খূত্তা য়োম্থোক্লম্লবা জাৎনি। ঐখোয়গী পাঙ্গল অমসুং পুক্সিবু ইরাই-লাইনা ঠিকা লৌদুনা শেল তাল্লিবা নুপাসিগী থবক মসিনা অহানবা নত্তে। মসি খঙবা মী য়াম্না লৈরমগনি। ”

“ নহাক উধব হায়বদুদি মশক খঙব্রা? ”

“ হোয় তামো, ময়ূম চঙদুনা উনরুরে। হন্দক্তা ঐখোয়না

লাক্লমদাইদা মচানুপা পাখঙ অমা মন্ত্রী পুথ্রীদা পুলিসনা কাপ্তুনা হাৎখ্রবনি।”

“কৈদৌবগী?” শান্তনু খঙনীংবা হেনগৎলকই, মমীৎ খংশিং শিংগৎলকই।

“লালহৌবশিংগা শম্নরগা, য়াম্না তৌবা ঙম্বা শাদুনা, মীহাৎ মীপুনগী থবক্তা, মীগী শেল হাৎপদা হালেংদ্রবনি, পুলিসনা শেন্নরকপা কুইরবনি হায়নৈ।”

“মহাক্কা শম্নরম্লিবা পার্টিদুদি করম্বনো, মখোয়বু অদুগুম্বা লমচৎ নাইদবা, সমাজগী য়েক্লবা মীশিংবু য়োকখৎকদ্রনে?”

“খঙদ্রেদা তামো, পার্টিশিংসু মখোয়গী কান্নবা ফংলবা, চঙজফম ওইরুরবদি মীৎ তাঙশিন্নরে হায়বা তারেদনা।”

শান্তনু ফনা কন্না নোক্লম্মী।

“পার্টি অদু ওম্থোক্লা খঙনীংখ্রেদা! অদুম্না তৌরমগদ্রনে?”

“এ তামো, হয়েং ইম্ফাল য়ৌবগা ঐনা হায়জখিবা মীশক্তুগী মতেংদগী ঐ থিদোকচগে। মখোয়দা চৈবীগে খনবীব্রা? খুৎখাক্তি খরা নাইবীবা তারে।”

“ঐগুম্বনা ইত্তিক্লা। অদুবু অচুম্বা ব্রাদি মখোয়সু তাবীফম থোকই।”

শান্তনুগী অশাংবা শ্বরগা লোয়ননা মখোয়গী ব্রারী লেপ্লম্মী। ইন্দুনা পীরিবা থাজবা অসিনা শান্তনুদা খোঙচৎ অসিগী অব্রাবা পূম্নমক চপ চানা মায়োক্লরগে হায়বা থৌনা অমা নৌহৌনা হাপ্লরে।

নোংঙাম্থোরক্লে। নোংদি লেপত্রি, মখোয় হাংবা ঙাইফম থোক্লে খন্নরম্মী। নক্লা হৌবা লফু পাম্বীদগী অপাকপা লা অনী শান্তনুনা য়াল্লুরে। খুরবা নারক লম্বীদা মখোয় লা থুপ্তুনা চৎনবা হৌগৎলকখি।

শান্তনু অমসুং ইন্দু লেপ্তুনা চৎলম্মী। নোং হাংখিবগা লোয়ননা নুংশা হাইদোরকপদগী চোৎলম্বা ফিসু কংলে। মখোয় অকোকপা, ঈশিং লৈবা মফম অমদা চাক থোংনবা খন্নরম্মী। মাঙদা মখোয় কাঙবুগী মী চৎখিবগী খুদম ফংদে, তুংদগীসু তানখৎলক্তে। মখোয় অনীদি ফজনা তোঙান তারে।

নোংজু থা ওইবনা লোক খুদিংমক্তা ঈশিং ফংবা মতম্লি। মখোয়

ঈশিংগী অৱাবদি ওইররোই অদুবু লোকখা য়ৌনবা হোৎনবসু অরায়বদি নত্তে। ঈশিং লৈবা, চাক থোংফমসু ফবা অসুম য়েংদুনা লাকপদা মাঙদা চুজাক লৌ অমা উরে। অমত্তা নত্তে, মথং মথং পাক শন্না শম্নখি। য়ামদ্রবদা লৌবু তরাগীদি ওইরগনি হায়বা অচৌবা লমখৈ অমসুং লৌশঙগী মশীংনা তাক্লে।

ইন্দুনা হায়, " তামো, উরিবা চুজাক লৌগী শঙশিংসিদা মী লৈরম্বা য়াই। অসিদা চঙলগা চাক থোংলুবদা করি অকায়বা লৈ? "

" মদুনা ফগদবা মাল্লি। করিগুম্বা মী লৈরমদ্রবদি ঐখোয় মফম অমা য়েংসি, হূরানবা তাদনবা। লৈরম্লবদি য়াম্না ফরবনি, লম্বী ফজনা হংবা য়ারগনি। অদুবু মীওং য়েংলগা ৱারী তৌসি। "

মখোয় অনী খোঙকাপ য়াংশিল্লি। অনকপা শঙ তম্লম্মী। ওস্থোকপনি, চঙফম ফংদবদগী উকং-উফৈশিংনা চেকশিন্না খারবা পল অদু লানশিন্নবা হোৎনবদা মতম য়াম্না চঙখি।

লেপ থূম্না ৱাংলবা চুজাক মরক্তগী মখোয় শঙ য়ৌশিল্লম্মী। মখোয় অনীনা ৱা ঙাঙনবা তাবদা অহল অমা থোরকখি। অহলদু সিফাইগী ওলিব গ্রিন য়ূনিফোর্ম ফুরিৎ খোঙগ্রাউ শেৎলি, ঙক্তক মিজো লোন্দা ' কদায়দগীনো ' হংলকখি। শান্তনুনা অহোমিয়াদা ' লংফৈ চৎপনি ' খুমখি। অহলদু নোক্লকখি অদুগা শঙ মনুংদা চঙলক্লবা অহোমিয়াদা হায়রকই।

শান্তনুনা লেংবান্দগী মশাগী বেগ থম্বগা লোয়ননা ইন্দুদসু ঙাইহাক পোৎথানবা হায়রম্মী। অহলনা মখোয়বু তরাম তরাম তৌই; মহাক হিন্দীসু ফজনা খঙলম্লে। মশানা তাকপদগী ওনোরেরী কেপ্তেন ওইনা ইন্দিয়ান আর্মীদগী রিটায়র তৌরকপনি হায়বসু খঙলে। অহলনা অতিথি অনীগী অৱাবা অমসুং মখোয়গী চিংনবগী শকফম উখ্রে। মখোয়গী খোঙচৎ অসিগী মরম পূল্লপ খঙখ্রবগুম মহাক ৱাহং অমসুং পাউখুম অনীমক শোক্লা ঙাঙলম্মী।

অহলদুনা হায়, " নখোয় চিংনগনু। পাখৎকনু। ঈংনা তপ্না ঐগীসিদা চাক থোংঙু। নুংঙাইনা চাথোক্লগা চৎখো। চেঙ ঐনা পীগনি। নখোয়না পুরকপদু থমখো। নখোয় য়াম্না শাংনা নুমিৎ তরানিগী মথক্তা চৎখিগনি।

নখোয় মণিপুর তম্পাক্কী মীনি হায়বা ঐ খঙখ্রে। নখোয়না চেল্লক্লিবসিদি থা কয়া থবক শূরবা মতুংদনো? ”

“ সাহেব, থৌজান অসিগীদমক থাগৎচরি। ” শান্তনুনা খুম্মী, “ ঐখোয় থা অনীগী তুংদনি। সাহেবনা ঐখোয়সি ঠিকাদারগী থবক শূফমদগী চেল্লকপনি হায়বদি করম্না খঙবীবগে? ”

“ অদুম খঙবনি। নখোয় লম্বী খঙদনা অহীং নোংলক্তা করিগী লাকফম থোকই। লালহৌবশিং ফাওবা অসুম্না চৎনদে। নখোয় চেল্লকপা য়াম্না ফরবনি। হাকুম লাকখিবা কাঙবুদুদি থা নিপাল চুপ্না শূজখিবা নামৎ মুনবীহৌবতা নত্তনা মী অনীসু হাত্তোকপীহৌরে। মখোয়গী মরক্তা অনাবা কয়াসু য়াওখি। ময়ূম য়ৌরমগনি হায়বদুবু থাজদে। ”

“ বাবা, অসুক চাউরবা অরানবা থবক তৌরিবশিংসিবু মীয়াম নত্ত্রগা ষ্টেট সরকারনা য়েংদুনা লৈফম থোক্লিব্রা? ” ইন্দু থম্মোয় শোক্না হায়।

“ চুম্মী, ইচা, মসি য়েংফম খাঙফম থোক্তে। অসিগুম্বা থবকসি খঙলকপা কুইদ্রি। মসি শিল্লিবা মীশিংসি মিজোরামদগী অমত্তা-নত্তে, মণিপুরগী মী ঙাক্তনি। মখোয় খূৎলাই পায়বা কাঙবুগা পূল্লি। ষ্টেটসিগী সরকারনা মখোয়বু লাকশিন্নবদি কন্না হোৎনরিবনি। য়ারবদি নখোয়না থৌনা ফনা চোংথোক্কুনা সরকারগী মতেং পীরবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইগনি। ”

“ সাহেব, য়াজরে। ঐখোয়দা মদুগুম্বা থৌনা লৈজদে। ঐখোয়গীদি মণিপুর য়ৌজখিবা অসিতনি। ” শান্তনুনা খুম্লম্মী।

অহলদু মখা তারকখিদ্রে।

ইন্দু চাক থোংবা লোইরে। মখোয়না পুরকপা পোৎ অমত্তা শোকখিদে। চেঙ, এনশাং, থুম মোরোক্লচিংবা অহলনা পীবা ঙাক্তনি। প্লেট অনীদা থিদোকপা চাক লাম্লবা অনী নে তানা চারম্মী।

মখোয় হৌজিক চাবা লোইদুনা চৎনবা থৌরাং তৌরক্লে। অহলদুনা অচৌবা থবী অমগা চুজাক নিপালগা পীরম্মী।

“ ইচাশা, হৌজিক লমহেনবশিং অদুনা নখোয়বু তাল্লকখিগনি হায়বা থাজদ্রে, ব্রারুরনু। অদুবু চেকশিনবদি ফৈ। নখোয় অশোংবা নারক

লম্বীদা চৎকনু, মীনা হেন্না চিংনগনি। অকোকপা মীনা চৎনবা লম্বী ইল্লু। থেংনবা খুন্দা চণ্ডদুনা, খুঞ্জাশিংদা লম্বী হংদুনা অদুম চৎলু। লৈত্রগা নিযু, পীরক্কনি, হঙ্গোইগনু। নখোয়গী মণিপুর ঙমখৈ লানশিনখ্রবদি নখোয়বু লেম্না পীজবীগদবা মী য়াম্না তাঙগনি, শাউগনু। মিজোরামগী মনুংদা নখোয় ব্রারোই।"

"খঙজরে, থাগৎচরি, ইপা সাহেব।" শান্তনু মখা তাকপীনবা হায়জে, "ঐখোয় করম্বা লম্বীদা চৎলগা মণিপুর খরা থুনা য়ৌবা ঙমগনি? ঐখোয়না থেংনগদবা খুলশিংগী মিংসু হায়বীয়ু।"

"লম্বী অনীনি—অমনা পারবুং তাবনি, অতোপ্পদুনা সিংহাট য়ৌবনি। ঐনা খনবদা নখোয় সিংহাটলোমদা চৎপনা খরা নক্কদ্রা হায়না খল্লি। মফমসি সহেদ সবদিবিজনগী মনুং চল্লি। মসিদগী নখোয় কন্না চৎলবদি লেংতলাইগী লম থুংগনি। মফমদুদগী ঐখোয়না তুইবাং কৌনবা অচৌবা তুরেল অমা ফংনবা চৎকদবনি। মদু লাল্লগা মথং মথং হংখ্রো। লম্বী মরোঙ মরোঙ য়াম্বনিনা করি খুল থুংগনি হায়বদু ঙমদ্রে।"

"ফরে, ঐখোয় চৎচরগে।"

শান্তনু অমসুং ইন্দুনা অহলগী খূৎ শোকই।

"নুংঙাইনা চৎলু।" অহল মখা তাই, "বংলাদেশ বোর্দরনি, লম্বী ওন্নদনবা য়েংঙু।"

অহলনা থোকফম তাকপা থিন্দোরক্লে।

শান্তনুগী বেগ চুজাক অমসুং থবীনা ফনা য়াম্না লূমহল্লে। মখোয়না চৎপা হৌরকপদগী নোংনা তান্নরকপগুম থোকখ্রে।

নুমিৎতু নোং ইহাং হাংখিদ্রে। মখোয় নুমিদাংব্রাইরম ওইশিল্লক্লবা মতমদদি ঈংশিল্লক্লে। অহীংদসু নোংলক্তা চৎপা ফররোই খন্নরে। মরম অদুনা অচৌবা উক্ অমা থেঙনবগা মখোয় লেপ্লম্মী। লম্বী মথক-মখাদগী লেপকং শীংবুন অমরোম থেক্লুরগা মখোয় উকৃ মনুংদা চঙলম্মী। ফুটখায় অমগী চাং লুনা চেল্লিবা ঈশিং মথক্তা নূং অচৌবা খরা থাদরগা মথক্তা উশা-উনা থাদুনা ফম্ফম শেল্লে। অদুগা লোয়ননা মৈসু হৌগৎলম্মী। অহানবদদি মৈখুনা মখোয় স্বর হোনবা ঙমখিদে, তুংদদি খরা শাফরে।

অথেঙবা অহীংদা মখোয় চুজাক লৌদুনা চারম্মী।

নোংঙানবগা মখোয় অমুক চংপা হৌরে। নুমিৎ য়ুংবা মতমদা, লম্বীদা রেং নুপা অহুম নত্তনা মখোয় কনাসু থেংনদে। মখোয় বংলাদেশ বোরদর নক্লা লৈবা মীশিংনি। মখোয়না তাক্লম্বদগী লুঙলৈ নকশিল্লক্লে হায়বা খঙলে। মখোঙ চাউনা চাউনা পোমখৎলকপনা মখোয় অনী কন্না চৎপদি ঙমদ্রে। খুল য়ৌরগা চাক চারুসি হায়বা ব্রাখন্দা লাকখিবদু নুমিদাংব্রাইরম য়ৌরক্লবা, নুমিৎ লৈথখ্রবা মতমদদি নীংহন্নরে। চরাম্নরবনি, শ্বর হোনবা ব্রারক্কদৌরি। মখোয় লেকফম অমুক থিবা তারবনি।

ঈফুত্তা নোংগী ঈশিংনা পাংশিল্লবা লোক মচা অমা থেংনবদগী মখোয় লেপ্লে। খুদক্তা নুংনা লৈরঙ শেমদুনা, মৈ চাক্কদবা শীং থিদুনা চাক থোংবা হৌরম্মী।

মমশিল্লক্লবা মতমদুদা ইন্দুগী মায়থোংদু শান্তনুনা য়েংলগা নুংদগী ঈহৌ লাকই।

" ইন্দু, অনীরক থোক্তনবা চেঙ শূবদা আলু অহুম হাপ্লসি। মদু মেৎলগা চারসি। " শান্তনুনা হায়।

" ফনি তামো। " ইন্দু মৈদা স্বরনা শাংনা শাংনা কান্নগা হংলকখি, " ময়ামদুবু পূন্না চৎলমগদ্রা? "

" ইচাই চাইনরম্লগনি। য়াম্নসু ব্রানরমগদবা মাল্লি, ঐখোয়গী ফিভমসিদা। "

" মখোয়বু পুলিসতা চঙলমগদ্রা? "

" পুলিসকা শেলগা মরূপ্লি, মফম খুদিংমক্তা। হূরানবশিংগী মীচংদা মরাল কয়া শীরক্কনি হায়বা মখোয় কাউরম্লোই। "

" মখোয়দুবু করন্বা লম্বীদনো চৎলমগদবসি? " ইন্দু হন্দকসু শোল্লি।

চাক মুনগদৌরে। শান্তনু লা য়ানবা হৌগৎখ্রে।

লা য়াল্লুবা য়ৌরকপগা শান্তনু মখোঙ মখুৎ ফ্রং ফ্রং কল্লম্মী।

" ইন্দু, য়ারোইদৌরি। য়েংঙু কাকফৈসি কাপ কাপমুক শাংঙি, য়োম্লরিবসি। লাও, চফুদু পুরসি, অকোকপা মফম থিসি। "

ইন্দু চফু পুরগা শান্তনুগী মতুং ইল্লম্মী। মখোয় নে তানা ফন্নগা চাবা য়াবা মফম ফংলক্লবদা চফুদগী চাক খুৎনা কোৎলগা চদুম মেত্তুনা চৎনা চৎনা চারম্মী। অহীংদুদা মখোয় অনী য়াম্না চাউবা তুরেল অমগী মথক্তা য়োৎলীদা উবাক লম্না য়ানবা থোং অমা কিনা কিনা লানখি। নুংথিল ওইরম্লবদি লানবা ঙমদবসু য়াই।

নোং ঙানবা অয়ূক্তা মখোয় অনী লুঙলৈ হায়বা খুল অমা য়ৌরে। মফম অদুদগী লম্বী হংদুনা লাকপনা মখোয় তরুক্নি শুবা নুমিৎতা ব্রেষ্ট লুংদার থুংলম্মী। নিপান্নি শুবা নুমিৎতা মখোয় নোর্থ বোলাফাই য়ৌরে। মফমসিদদি চেঙ অমসুং চুজাক য়াম্না হোংনা ফংলম্লে।

তরানিথোই শুবা নুমিৎকী অয়ূক্তা শান্তনু অমসুং ইন্দু ঙৌবাদা চাক চারগা ম্যানমারগা তাইনবা লম্বীদা খুদাঙুগী উমংদা য়াম্না শাংনা চৎলগা নুমিদাংৱাইরমদা তুইভাই হায়নবা অচৌবা তুরেল অমা লাম্থোকপা হোৎনরম্মী।

পূংখায় অমগী তুংদা মখোয় অঙম্বা চীংদোন তম্না হাইগৎপা লম্বী অমা ইল্লম্মী। অশোংবা উমংগী লম্বী ওইবতা নত্তনা নোংসু তারকপদগী মখোয় লাপ্না উবা শঙ অমা তম্না চৎলম্মী। শঙ অদুদা নুপা অমথক্তা লৈরম্মী। মহাক অৱাংবা চীংথক্তুদা পুখ্রী অহুম শেম্নগা ঙা য়োকপগী থবক তৌরম্বনি। মহাক মিজোগা হিন্দীগা য়ান্নরগা ৱারী শাননবা হোৎনরকই। মীয়োক-মীচান ফনা উই। মহাক্না চাক থোংদুনা মখোয় অনীবু হাউনা পীজবগা লোয়ননা নুংঙাইনা তূম্নবসু শীনবীরে।

অয়ূক্তা শান্তনুখোয় চৎলমদাইদা য়ুম্বু নুপাদুনা শঙ্গোম মরাং কায়না পীরম্মী। মহাক্না লম্বীসু ফজনা তাক্লকখি। চাউরাক্না পূং অনীরোম চৎলগা, চীংলোন অমা লাল্লগা, কাংকাপ য়ৌরগনি। মফম অদুদগী মণিপুরগী ঙমখৈ হৌরগদবনি হায়রকখি। মরক্কী লম্বীসি অশুকপা জঙ্গলদা চৎকদবনি, লম্বীসু খরা লোংঙি, চেকশিন্না চৎনবা তাক্লকই। মণিপুরগী ঙমখৈ নকশিল্লক্লে তাবদা মখোয় অনী অৱাবা কাউখ্রে।

শান্তনুখোয় নাইতোম লৈবা নুপাদু বিদায় পীরম্লগা চৎপা হৌরে। চুম্মি, অদুক শুকপা উমং মমাঙদা থেংনখিদ্রি। নুংথিন্দসু নুমিদাংৱাইরমগুম

মম্মী। লম্বীদা শগোল অমসুং ষন লাবা কুনলোম হোৎইরগা থাঙশাং য়ানবা নুপা অহুম চৎলম্মী। শাশিংদু লেম্না চত্তে, মপোৎ লূম্না পুরি। শামু থৌরীনা চেৎনা পুল্লবা বোরা খাউ অনী অনী, শায়াঙদগী অমমম, য়াম্বুহল্লগা নুপা অহুমদুনা হোৎইরিবনি। মখোয়গী খোঙথাং তপ্পি। মখোয়না ম্যানমারদগী পুরক্লিবা পোৎশিংদু অচাপোৎতগী হৌরগা চরুট, থাউ, সাবোন, শেন্দল, খোংউপ, ফি অমসুং ইলেক্ট্রিক্কী পোৎ-চৈ কয়া য়াওরি, মখল শুরে। নুপা অহুমদুনা তাক্লম্বগী হায়রুরবদি, শান্তনুখোয় কন্না চৎলবদি মথৎগী অয়ূক্তা সিংহাট থুংবা য়াই। মখোয় অনী লাল্লোনবশিংদুগা কুইনা চৎমিন্নদ্রে। লম্বী খাইনরে।

পূংখায় অমরোম চৎলবা তুংদা মাঙ থাবা শান্তনু চপ লেপ্লম্মী। লম্বী অহুম লোঙবদা মহাক ঙাওখিবনি। ইন্দুগা মখোয় অনী ফনা কুইনা খন্নৈ, করম্বা লম্বী ইনসিগে। মমৈথংদা মখোয় অঙম্বদা হাইগৎপা ময়াই লম্বীদা চৎলম্মী।

পূং অমা চপ য়ূংনা কাখৎলবা তুংদা মখোয় চীংদোন য়ৌরে। লম্বীদি মখোয় অনী চুমদ্রিং থাদোক্তনা অদুম চৎলি, নোংচুপ্লোমদা কূমথরকপনি। পুং অমগী তুংদা তুরেল মচা অমা থেংনরে। তুরেল ব্রাংমদা লম্বী লৈতে, মাঙখ্রবনি। তোর্ব্বান নূংলক্তা মী য়ারেকখিবা মানবা, শীং মপৈ মপৈ থাখিবগী মৈতান উৎ য়াম্না পৈ পৈদুনা লৈ। খুলগী মীশিংনা ঙা ফাফম ওইরম্বা তারে হায়বা মখোয় খল্লক্লে। মরম অদুনা মখোয় অসুম নীংবা কায়না, ফুম্বংননা ফল্লম্বদগী শান্তনু হৌগৎলকই।

“কান্নদে, ইনাও ইন্দু, ঐখোয় অনী লম্বী শোয়না লাকখ্রে। মফমসিদা চাক থোংলসি, ঐ ঙাদুম ফাগে। নঙ মৈ থাগৎলো, য়াম্নসু লাম্নন্নগনি। লেকপদি আ চীংদোন্দা।”

ইন্দু উপায় লৈত্রবগুম নোক্লম্মী।

ইন্দু লৈরঙ শেমদুনা চাক থোঙ্গৎলে। বোলাফাইদগী ব্রাল্লকখিবা চেঙ চরাসিনা লোইরবনি। শান্তনুদু অদুক য়াম্না ঙা ফাবা হৈরমগনি থাজরুদে। মহাক্লা নূংগী মখাদা হূমখিবা মখূৎ লেম্না খক শত্তোক্লক্তে। ঙাব্রা নত্ত্রগা নূংঙা নত্ত্রগা শরংখোইবী অমমমদি অদুম লংখৎলক্লে। মখোয় অনী পেন্না

চাবা কোন্নরগনি। '

নুমিদাংৱাইরমদু শান্তনুগা ইন্দুগা অৱাবা নীংশিংলুদনা চারম্মী। তুংদা মখোয় চীংদোনলোমদা অমুক হাইগৎলক্লে।

ৱাংলবা চীংদোন্দা, কাঙ অমসুং কাকফৈগী অকিবা য়াওদনা নুপা অনী মোন মোন লাউবা শতু-নাপীগী মথক্তা য়ারেক্লবা শেম শারে। অহীং ওইশিলক্লবদা মখোয় ঙাইহাক তূম্নবা হোৎনরম্মী। মথং নোং ঙানবদা মখোয়না চৎকদবা মায়কৈদসু তোয়না য়েংলম্মী। মখোয় তশেংনা ইকাইবা পোকখি। নোংচুপ মায়কৈ, মিজোরামগী লমদু খুঙ্গং পূন্নমক মৈ ঙান্দবা য়াওদে। নোংপোকলোমদনা, মণিপুরগী লমদদি পূম্মম মন্নম্মী।

নোংঙানবা অয়ূক্তা মখোয় অনী লম্লোং অহুম ফাংবা তমদুনা য়াম্না থুনা কূমথরকখি। হন্দক্তি মখোয় য়েৎথংবা লম্বী ইন্দুনা চৎলে। মাঙখিবা মতম ফুগৎনবা কন্না চৎলম্মী।

পূং নিপাল্লোম তাবা মতমদা মখোয় চুজাক লৌ অমা অৱাংবা চীংমায় অমদা উরে। মখোয় নুংঙাইবা পোকই। চেঙ য়াওদ্রবনি। অরান্বা কোক্লবা মফমদু তম্না কাখৎলক্লে। লৌগী পম্বোং চেৎনা লোল্লম্মী, মপু লৈতে তাক্লে। মখোয় মনুংদা চঙদুনা চুজাক হেক্কদবা হঙ্গোইবদগী পম্বোং ময়াদা কুইনা লেপ্লবা তুংদা মনুংদা চঙলে। মখোয়না চুজাক তরুক হেক্কুনা থোরকপদা পম্বোংদা তেনবী পায়বা নুপা অমা লেপ্তুনা মখোয়বু ঙাইরমখি। মহাক লিরুংদা তেন থোংলগা মখোয়দা মূদুনা লৈরে, শকফমসু মৈ হৌরি। শান্তনুনা নুপা অদুদা মহাক্কী তেন মখারেমদা লৈথনবা মখূৎ হাইরম্মী। নুপা অদুদি মচীন্দা ত্রক ত্রক শোন্দুনা, মখোঙ থীল্লগা লেপ্তুনা লৈরে। ইন্দু মায়থোং লাংশিল্লি। মখোয় লাল্লে হায়না মখূৎ লোন্নরম্মী।

শান্তনুনা মৈতৈলোন্দা হায়, " ঐখোয় লাম্মনবদগী অশোয়বা থবক অমা তৌরে। হূরানবনি খনবীগনু। "

নুপাদুনা লাউরকই, " শওম্নি কাপ্লবদি শিকনি। নখোয় মৈতৈ হূরানপা। হাত্তোক্লে। "

মণিপুরগী লম য়ৌরে খঙলকপগা ইন্দুগী থম্মোয় খঙচাউ চাউথোকই, হায়জরকখি, " ইতাও, ঐখোয়না চুজাক তরুক হেক্লে। মসিগী

মতিক চাবা শেল পীজগে। ”

“ য়াতে, হুরানপা। ঐ মৈতে খংতে। চৎকনু। ”

নুপাদু তেনজৈমক্তি লৌথোকখ্রে। অদুবু পম্ছোংদগীদি হুন্দোক্ত্রি। শান্তনু ফুরিংখাউদগী লূপা তরা লৌথোক্লগা পীনবা চঙশিল্লম্মী।

“ হৈ! য়াতে। শিকেরা! ” নুপাদুনা পীশূম শুক্তোক্লুনা য়েংঙি।

“ ফরে, ইতাও, য়াঙ্খ্রেসি লৌরো। ” শান্তনু শেল পীরম্মী।

নুপাদু শেল তাপ লৌরগা হন্না ফাও য়েংলমদনা মনুংদা প্রপ প্রপ চঙখ্রে।

শান্তনুনা হায়, “ ইন্দু লৌজসনু। মহাক্কা খৎনফম থোক্তে। ”

“ তামো মাগী চুজাকসি হূ চেনগদবা মাল্লি, চানীংদ্রেবো। ”

“ খল্লুনু ইনাও। মী ওইবা হৈদ্রিবনি। চৎলসি লাও। ”

শান্তনুনা মাঙ থাদুনা চীংগোল অমা লৈথোরপদা ইনা কুপ্পা, কাংথক নাইবা অপিকপা যূম অমা উরে। অসুম য়েংখৎখিবদা তিন্না কুপ্পা অহুম-মরি য়াওনা খরা থাপ্তুক চীংয়াংদা পরেং ওইনা লৈবসু উখি; খুল অমনি। যূমগী মওং য়েংলগা মণিপুরগী লমখৈ য়ৌরে হায়বদু শোয়দ্রে খল্লম্মী। হরাউবনা মিহুন চোংঙি, খরা নক্লা লৈবা যূম অদুদা চঙলগা মখোয়গী চুজাক লৌরগা চারসি, ঈশিংসু লৌরসি হায়না মখোয় খন্নরে। শান্তনুনা মাঙদা, পন্দনা চঙশিল্লি। চীংখা ওঙ্হবরোমদা, অঙম্বা লৈরাইদা শম্বল ওইনরিবা নোংমাংখা পাম্বীগী মখোঙদু উফুল অমসুং ব্রাইনা কুপশিল্লি, মদুদা চায়াম চেনবী য়েনবী অনীনা খোৎলকপদা উফুলনা ইমম মল্লে। শুমাঙ চাউদে। নোংমাখা শম্বলগা নক্কনা তিংলিবা লীদা অচোৎপা ফি খরা ফৌরি। অপিকপা অঙাং অমনা লাইখল যূম্বীদা পুল্লগা শেম্বা নাউশুমদা তূল্লি। ফিভম অসিনা যূমদুদা মী লৈ হায়বা তাক্লবসু মশক্তি উদ্রে। ইন্দুনা কাংথক কাখৎফম কৈরাক নক্লা চঙশিল্লগা মী লৈব্রা হায়না কৌরুই, কনাসু খুল্লক্তে। মখোয় অনী চপ লেপ্তুনা অকোয়বদা য়েংঙি, অতোপ্পা শঙ উদে। য়েনখাদা তপথদুনা শেম্বা শীঙগৈ য়েনগোন অমদি লৈ। মদুগী মরুমদকা মী লৈরম্বসু য়াই খন্দুনা মখোয় অনী চত্তুনা য়েংলুবনি। ওঙ্ছোকপা হায়বদুনি! নৌরিবী মৌ অমা ঈরুজরম্লে। নুপীদু ফি অমত্তা পক্লমদে, মশা পূম্বা

পূমহাং-পূমশেংনি। নুপা অনী উবদা পাখৎখ্রবী নুপীদুগী মখূৎ অনীদি মথৌ য়াম্না চিনখি। মথক্তা অমুক কুপ, মখাদা অমুক খন।

শান্তনু অমসুং ইন্দু চপ মান্নরা হায়, " ইস!! ইস!! "

নুপা অনী খূৎলৈ থুনা হন্দোরক্লে, শুমাঙদগী চৎথোক্তুনা পল্লিগী বাংমদা লেপ্লম্মী।

ইন্দুনা হায়, " তামো মথক্লোমদা কাখৎসি, অতোপ্পা য়ূম অমদা চঙলসি। "

" ফরে, ইনাও। "

থাক থাক হকপা অঙম্বা লম্বীদা ইন্দুনা মাঙ থাই, চীংয়াং য়ৌগদৌরে। মখারোমদা কন্না লাউনা খোংনবগী খোঞ্জেল তাবদগী চপ লেপ্তুনা য়েংলম্মী। চুজাক লৌবুনা ঈরুজহৌবী নুপীদুবু শুমাঙদা ফুবা উরে। মদুদা অকি অখং নংবগুম খোংলিবা হূইনাউ অমবু নুপা অদুনা নাকন্দা য়ানবা থাঙ শত্তুনা থেগাংমক্তা ককথৎলম্মী। শুমাঙদু ঈনা পূমঙাং ঙাংলে। ইস! মতুপ অনী থোক্লা তারবা হূইগী খূমাঙ অমসুং খূদুং ফ্রং ফ্রং কাউরি। নুপাদু ত্রক ত্রক শোল্লম্লগা ইমুং চঙদনা চৎনবা হোৎনবদা মাগী নুপীনা খাল্লি।

খুলগী ময়ায়, চীংয়াং য়ৌরকপদা শান্তনুনা হায়, " ইন্দু, ঐখোয় খুল অসিদা পন্দবনা ফরে। অঙাং খরা নত্তনা মীসু ইউ উদে। ঈশিংদি খরা লৌপ্রসি, লম্বী হংলগা মফম অমদা চুজাকসি লৌরুরসি। "

" ঐসু অদু খল্লে, তামো। "

শান্নরম্বা অঙাং খরদা শান্তনুনা লম্বী হংঙি, লোন্দি ইফাও ফাওনদবনিনা কান্নফম খঙদে। তুংদা চহী য়ান্নবা হনুবা অমা থেংনদুনা, উচিন নাচিন মৈতৈলোন খরা খরা খঙলম্বদগী সিংহাট য়ৌগদবা লম্বী খঙলে। চুমদ্রিং অকোকপা, ষণ শগোলগী খোঙ্গুল তাবা লম্বীদা চৎলু, মথং নুমিত্তা সিংহাট থুংগনি তাক্লক্লে।

ইন্দুনা চুজাক লৌরিঙৈদা শান্তনু সৈতেম মান্নরবা অকংবা নাপী মথক্তা তিংথোক্তুনা নুংঙাইনা পোৎথারম্মী। চুজাক অহুম অহুম চাদুনা ঈশিং মরাং কায়না থকপদা মখোয় পুক থল্লে হায়বা য়ারে।

নুমিৎ য়ূংবা মতম ফাওবা মখোয় মফমদুদগী লেঙদনা, অমুক ফম, অমুক তিংথোক নুংঙাইনা পোৎথারম্মী।

শান্তনু তপ্না হৌগত্তুনা হায়রকখি, " ইনাও ইন্দু, ঙসি ঐ নঙোন্দা চন্নবা খুদোল অমত্তং পীগে। "

শান্তনুনা চেকশিন্না শেম্বা মনুং ফুরিৎখাউদগী লৌথোকপা পোৎশক অনীগী মনুংদা অমদি চেনি। মদু মচেৎ-মচেৎ পিক্না শেগাইরগা হুন্দোকখ্রে।

ঙক্তক হৌগৎলকপা ইন্দুনা হংঙি, " করি পোৎনো তামো? "

" সে, খুদোপ্নি। ঐগীদি অমসু লৈরি। থাজনবা লৈ, নুপা ওইবশিংগী মশাদা মমল য়াম্বা ধাতুগী পোৎ অমদি সিবা ফৈ। ঐনা য়েংবদা নহাক্কীদি ঘড়ী ফাওবা য়াওদে। ঐ নুংঙাইজদে। "

" তামো, য়ারেদা। "

" ঙাইখো, নহাক হঙ্গোয়গনু, ইনাওমক্লি খন্না পীরিবনি। নহাকনসু ঐবু মতম পূন্নমক্তা নীংশিংনবা। "

শান্তনুনা য়াম্না ফজরবা, মমল য়াম্লবা নূং থিনবা, সনা খুদোপ অমা ইন্দুগী ওয় খূৎনিংথৌদা সিজিনবীরম্মী।

" আস! তামো! " ইন্দু মমিৎতা ঈরা চেল্লম্মী। হায়রকখি, " ঐগীদি তামোদা পীজবা ঙম্বা পোৎ হায়ববু নুংশিজবা নত্তনা করিসু লৈজদে। "

নুমিৎ য়ূংবা মতুংদা নুপা অনী অমুক চৎপা হৌরে। মখোয় অনী অৱাংবা চীংজাউ অমা লান্নবা লৈনা লৈনা অঙম্বা লম্বীদা কাখৎলকখি। ষন, ইরোই অমসুং শগোলগী খোঙ্গুন্না নোংজুথাগী মতমদুদা লৈখোম লৈনাং থোকহনবনা লম্বীদু মওং ইতা তাদে, চৎপদা মঙম চত্তে। ইন্দু, তুংদা খোঙকাপ খরা লৈথহৌরে, ৱাখলনা হেনবদগীনি। ' তামো দিলিপসি পাঙ্গলগী থবক শূ-নোমদুনা হিংনবা হোৎনরকই হায়। অদুবু মহাক্না মমল য়াম্বা লৈতেংসি, ঐঙোন্দা পীরিবসি নত্তবা অমসু মহাক্না সিরি। মহাক্কী ঘড়ী মমল য়াম্না য়াম্বা পোৎনি। নোংমগী চরা তানবা মীনা অসিগুম্বা লৈতেং লেপশিনবা ঙম্ফম থোকপ্রা? ' ৱাখল থাদোকখিবগা ইন্দু শান্তনুবু তানখৎলম্মী।

মখোয় অনী ৱা অমত্তা ঙাঙনদনা তুমিন তুমিন চৎলকপা পূং

ফাগদৌরে। চীংগোন অমা লৈথোরকপগা উরক্তগী অহৌবা খোঞ্জেল অমা তায় — ‘ হোল্ট-রুকো! ’

মখোয় চপ লেপ্লম্মী। খূৎলাই পায়বা ময়াং সিফাই তরারোম্না মখোয় অনীবু কোয়শিল্লরে। ব্রা করিমত্তা হংদনা মখোয় অনীগী মশা পূম্বা হূমদুনা য়েংবতা নত্তনা মখূৎশু থৌরীনা পুল্লম্মী।

ইন্দুনা সিফাইশিংদুগী কমান্দর সুবেদারগা হিন্দী ইংলিশ য়ান্নবা ব্রা ঙাঙনবা শাস্তনুনা মুন্না তায়। ময়াংশিংদু মীনুংশি পক্তবা ঙাক্তনি, ইশাউ শাউগৎলি। ইন্দুগী য়াঙলেন্দা বটনসু অনী অহুন্নক শুখ্রে। ইন্দু হঞ্জিন হঞ্জিন, সিফাইশিংদুবু ভাব তাহন্নবা হোৎনবদা হায়জে — “ ঐখোয় মিজোরামগী লমদা সড়ক্কী থবক শূরুবা মীনি, লেবরনি, ফত্তবা মী নত্তে। ঐখোয়বু থাদোকপীয়ু। ”

সুবেদার তাশিন্নদে, করেম্নদুনা নোকই, “ মহা সাধুশা! নখোয় ফানবা লূম্বদা ঐখোয় নোংলক্তা কয়া ব্রারক্লবনি। নখোয়গী তাৎতা চৎকনি খনব্রা? খূৎলাইদি কদায়দা লোৎলম্লে? ”

সিফাই অমনা শাস্তনুবু ঙকথী লাক্তুনা ইনবদা লৈরাইদা য়ৈশিল্লে।

ইন্দুগী হায়জবা, নোঞ্জবা পূম্নমক অরেম্বা তারবদা মখোয় অনী বন্দী ওইনা সিফাইশিংগী মাঙদা চৎলম্মী।

# ১৭

শান্তনু অমসুং ইন্দু সিফাই কেম্প অমগী ক্বার্টর্স গার্দতা লৈরকপা নুমিৎ নিনি শুরে। মখোয়বু ফাববা মতুংদা সিফাইশিংনা অৱাংবা চীংদোল্দা তাবা খুল অমা ফাওদুনা পুখৎলকখিবনি। খুন্দুগী মমিং খণ্ডে। চুড়াচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টকী মনুংদা লৈরে হায়বসিদি শোয়দ্রে। সিফাইশিংনা মখোয় অনীবু লালহৌলূপ অমগী মেম্বরনি, বংলাদেশতা ট্রেনীং তৌরুরগা থোরকপনি হায়না চিংনরি। মখোয়গা ৱা ঙাঙনবগী মতম ইপী পীদ্রি। অহাঙবা টেন্ট অমদা য়োৎকী চেন্না মখোয় অনীমক মখোঙদা পুন্দুনা থম্লি। মপান থোকপা নত্তগা খোঙ হান্বা চৎপদসু চেন অদু চিংলগা, মতুংদা গার্দ ইন্নদুনা, য়াম্না নুংঙাইতনা, য়াম্নসু তোম্বজবা মওংদা চৎলিবনি। মখোয়না হায়জবা খুদিং সিফাইশিং অদুদা চৈবগুম থোকই। ৱাহং-পাউহংগী মিংদা, নহা ওইরিবা, য়াম্নসু কেণ্ডবা কেপ্তেন অমনা ওৎ-নৈবা খক তোক্তে। পীজবা মতমদা হূই য়েন্দা তৌবগুম উশিৎপীদে। ইন্দুগী খণ্ড-হৈবগী থাক অদুনা লেবর ওইরুফম থোক্তে, শান্তনুগী মতাংসু লোন্না থুপ্না থন্বা হায়দোক্তবা কয়া লৈরি হায়বসি কেপ্তেন অদুগী ৱাখলনি। মহাক য়াম্না তৌবা ওন্বা, কেম্প অসিগী সেকেণ্ড-ইন-কম্মাণ্ডনি। অদুগা, কেম্প অসিদা লৈরিবা মীশিংনা কম্পনি অমনি।

হুম্নি শুবা নুমিৎতা কম্পনী কমাণ্ডর মেজর অমা বাটালিয়ন হেদ ক্বার্টর্সতগী থুংলরে। মহাক ক্বার্টর্স — গার্দতা চঙলক্কুনা বন্দী অনীবু মুন্না

য়েংলম্লগা থোকখি। ঙাইহাক লৈরগা গার্দনা মখোয় অনীগী চেন লৌথোক্লগা মপান্দা পুথোক্লম্মী অদুগা গার্দকী নোংমৈ চিন্দোন্দা মখোযবু মেজরগী ওফিসতা, থাক থাক হক্লবা লম্বীদা কাখৎহল্লে। মখোয় অনী ঙসিদি কেম্পকী অকোয়বা শক্তম, লোন্নবা চীং, লুরবা লোকশিং অমসুং শুক্লবা উমং ফজনা উবা ঙম্লে। অদুগা মখোয়না লৈরিবা চীংদোন্দু হেন্দোক থোইদোক্লা ৱাংঙি হায়বসু খঙলে। মফম অদুদগী মায়কৈ মরিমক য়েংথবগুম তৌই। কম্পনি অমগী কেম্প অদুদা ওফিস য়াওনা টেন্ট তরানি। ওফিসতি চীংদোন মক্তা খল্লি, মদুগা থংনবদা ইনা কুপ্পা ফুট নিফুরোম্না কোনবা হৱা মহল অমা লৈ। মদুদা ফম্লগা য়েংখিবদা লৈচিলশান্না থক্তবদি মেরুগী লম ফাওবা উগদবোই খল্লি।

সিফাই অমনা মেজরদা বন্দী পুরকপগী পাউ পীখ্রে। মেজরনা শান্তনু অমসুং ইন্দু কৌশিন্দুনা মায়োক্লনা থাবা চৌকীদা ফম্নবা ইঙ্গিৎ তৌরকই। মহাক ফনা কুইনা য়েংথোরক্তে, অদুম চে শূদুনা লৈ। শান্তনুগা লেংগা ওইগদবা ওফিসাবদু মশক ফজে, চীং-লেম্মী। মহাক অপাবা ৱিন্দ প্রুপ বেন-কোট লিৎলি। ফাইল পায়দুনা চঙলকপা সিফাইশিংবু থোকহনখ্রে। নোংমৈ পায়বা সিফাই অনীদি য়াম্না চেকশিন্না থোঙজীন্দা লেপ্লি।

মিনিট কুনলোমগী তুংদা মেজর মঙক থাঙ্গক্তুনা য়েংলকখি।

" মিংশিংদু অমুক্তং হায়য়ু। "

মেজর শান্তনুগী হান্না ইগদবগী কলম পায়দুনা ঙাইরি। ঙাঙলক্লিবা লোন্না ইংরেজীনি।

" সার, ঐগী মিং ইন্দু কৌই , অদুগা ইয়াম্বসিগীনা দিলিপ। " ইন্দুনা তাক্লম্মী, ইংরেজীদা চৎথৈ।

" নখোয় অনীমক মৈতৈরা? "

" হোয়, মৈতৈ হিন্দুনি। "

" লৈফম হায়য়ু। "

" ঐ ইম্ফালদগীনি, লোকেলিতিগী মিং খুরাই সাজোর লৈকাই .

কৌই। ” ইন্দু শান্তনুদা য়েংলগা মখা তাই, “ ইয়াম্বগীনা ...। ”

মেজর মঙক হাইরকই, “ নো, মশানা হায়সনু। ”

শান্তনু নোকফেৎ তৌনা হিন্দী অমসুং আসামী য়ান্নদুনা হায় , “ সার, ঐগী পোক্লফমদি মণিপুরগী ককচিং হায়বা লমদুনি, য়ুমদি মফম অদুদা লৈত্রে। কোয়না চত্তুনা ব্যাপার তৌবা ইপানা ঐবু আসামদা পুরকপা মতমদা চহী মঙাখক্তা ঙাইহিরি হায়। ঐনা চহী নিপাল শুরকপা মতমদা ইপাদু গুৱাহাটীগী নালবাড়ীদা য়ুম শাবা য়াওরম্মী। চহীদুদা ইপা মফমদুদা শিখি। ঐ লমজা ওইহৌরে। তুংদা পুন্সিগী অয়াম্বা শরুক স্তিমরগী পোৎ হোন্দোক হোঞ্জিন্দা লেঞ্জরকখি। মরম অদুনা আসামদা ঐগী য়ুম লৈফম হায়বদা খরা লুই।

“ নঙগী অকোনবা লৈফম কদাইদনো, শেংনা শেংনা হায়য়ু। ” মেজর শান্তনুগী ৱাঙাঙ য়ানীংদবগুম মুন্না য়েংঙি।

“ গুৱাহাটীনি। ”

“ গুৱাহাটীগী করম্বা মফমদা, কনাগী য়ুমদা? ”

“ সাহেব, ঐগী লৈফম য়াম্মী-বেলটোলাদা, মণিপুর বস্তিদা, পাণ্ডুদা। ”

“ কনাগীদনো, য়ুম্লুগী মিং হায়য়ু হায়বনি। ” মেজর খোল খজিক্তং ৱাংখৎলকখি।

“ মতম-মতমগী ভারাদা লৈবা মরূপশিংগীদা নোংফাদোক তাংজরুবনি, ঐ অয়াম্বা মতমদা, মমাঙদসু হায়জগ্রে , স্তিমরদা লেঞ্জবনি। ঐ য়ূম্লুশিংগী মিং খঙজদে। ”

“ অদুদি হৌজিক নখোয় কদায়দগী লাকই? ”

“ মিজোরামগী নিউ সায়া হায়বা মফম অদুদা ঠিকাদারগী সড়ক শেম্বগী থবক শূজরুবনি। মফম অদুদগী লাকচবনি। ”

“ হৌজিক্লা কদোমদা চৎলিবা? ”

ইন্দুনা ওকই, “ ইম্ফালদা। ”

“ অদুগা সোমদা অসুক ৱানা খোঙনা লাক্লিবদি করিগীনো?

আইজল-শিলচরোমদগী নুংঙাইনা বস তোংদুনা চৎপা য়াদব্রা? ”

পাউখুমগীদমক হাইফেত্তং ইন্দু শান্তনুদা য়েংলম্মী।

“ সাহেব, ঐখোয় শেল য়াওদে, বস ভারা অমসুং চান-থক্লবা খরচকী অব্রাবা লৈ। ঐখোয় শেংনা খুলশিংদগী নি-নিদুনা লাকচবনি। ”

শান্তনু ফুরিৎখাউগী শেল, খুদোপ অমসুং ঘড়ী নীংশিংলগা শকফম খজিক্তং হঞ্জিল্লি। পাউখুম শোয়খ্রে খন্না করি ব্রাহৈনা মেনখৎসিগে খল্লম্মী।

মেজর নোক্লকখি, “ করম্বা মীশিংনা অরোনবা অমসুং অব্রাবা লম্বীদা চৎনীংবগে? ”

শান্তনু মেজরগী চিংনবা উই, মদু কোকহনবা তাবনি খন্না ব্রাখল য়াংশিল্লকখি।

“ সাহেবনা তাকপীবা চুম্মী। ” শান্তনু তিংনা মখা তাই, “ ঐখোয মীচেন্নি, অরোনবা লম্বীদা লাকখিবনি। ইবালসু লৈতবা ঐখোযনা পঙজবদগী অব্রাবসি নংবা তাখি। ”

“ ঐ নঙগী ব্রা ভাব তাদে। অশেম্বা, ওইদবা ব্রাবী তাহন্দুনা ঐবু মতম মাঙহনগনু। ”

“ ঐখোয় মীনম্বা ঙাঙজদে। ” শান্তনু খুবাক অনী তিংথোক্লুনা মেজরদা উৎলম্মী, “ ঐখোয় কুন্নিপাল খোলা অমত্তদা লৈরগা থা অনী চুপ্না থবক শূরকখিবনি। চীং তৌথাইদুনা, উজাউ য়ান্দুনা, উরু-উবা ফুক্লুনা, নূংজাউ থুগাইদুনা শূখিবা খূবাকশিংসি য়েংবীয়ু। মরোল অহুম্লক পোকখাইখ্রবনি। খূৎশুমলগী মতাংদা ঠিকাদারগা নিঙাই শংদানরকপদগী ঐখোয় থবক থাদোক্লুনা লাক্লরবনি। মখোয়দগী লূপা অমা ফাওবা লৌরক্তে। ময়ামদু পারবুং নক্লগা সিংহাট তাবা লম্বী থিদুনা অদুম চীংজাউ, উমং-ব্রামং লাল্লগা, চারা কয়া হেন্দুনা নোংলকসিদা লাক্লখ্রে। ঐখোয মফমসি, নুমিৎ তরামঙানিগী মতুংদা য়ৌজরকপনি। ”

শান্তনুগী খূবাক মুন্না য়েংলগা মেজরদু করেম্নদুনা নোক্লম্মী, অদুগা ইন্দুরোমদা য়েংলগা হায়, “ নঙগীদি ? ”

ইন্দু খূবাক তিংথোক্লুনা উৎলম্মী, “ য়েংবীয়ু, চপ মান্নখ্রবনি। ”

মেজর সাহেব মখা তারকই, " বংলাদেশতা তৌবা নখোয়গী ট্রেনীংদা থবক য়াম্না শূহল্লি হায়বদু চুপ্লেদনা। চহী কয়াগী ট্রেনিংনো, উলফাগা পূনব্রা? "

শান্তনুগী থম্মোয়নুংদু য়ানীংদবা অমসুং খাঙঙমদবনা থল্লে। শন্দোক্লা হয়দুনা ৱা য়াম্না ঙাঙলুবগী কান্নবা ফংলরোই খল্লক্লে। মহাক তুমিন লৈরে, অদুবু, ইন্দুদি অশেংবা ৱাফম খঙহন্নবা কন্না হোৎনরি।

" সার, ঐখোয় য়ূ. জি. নত্তে। হিংনবা উপায় থিজবা মীনি। ঐখোয়বু চিংনবীগনু। "

মেজরনা থৎলি, " ঐঙোন্দা য়ূ. জি. শিংনা এন্সুশ তৌরকপসি অহুল্লক শুরে। অহানবদা, তম্পাক্কী মীয়াম চৎনবা লম্বীদনি। অনীরক্লা সিংহাট-চুড়াচান্দপুর চীং লম্বীদনি। ঈশ্বরগী থৌজান্দগী হৌজিক হিংলি। ঐখোয়বু নখোয়না হাৎলগা করি কান্নগনি? অমা হাৎপদা লীশিং লীশিংনি থোমজিল্লক্কদবা। মণিপুরগী প্রজা মীয়াম্বু নৈখাইহনগনি, ৱাহনৃগনি, ওৎ-নৈগনি। পৃথিবীদা ভারতকী লান্মীগী মপাঙ্গল কবি থাক্তা লৈরে হায়বা নখোয় খঙলমগনি। ঐখোয়বু হাৎপনা পান্দম ওইরিবা নখোয়বু ইরাই লাইনা থাদোক্কনি হয়বা খল্লুগনু। নখোয় অশেংবা হায়দোকউ, করি পার্টিনো, মফম কদায়দনো ট্রেনিং তৌরুরিবসি? "

" মদুগী পাউখুম কৈদৌঙৈদসু ঐখোয়না পীবা ঙম্লরোই। ঐখোয়সি য়ূ. জি. নত্তে হায়বসি থাজবীয়ু। " শান্তনু তপথবা ঙম্লক্লে।

ইন্দুসু ঙাঙগদবগী চীনবান লেঙলকপগা মেজরন নমহৎলি, " ঐ খঙঙি, নখোয় অনীমক লাইরিক য়াম্না হৈবা মীনি, ঐঙোন্দগী হেন্না খঙ-হৈবা। ইংরেজী, হিন্দী, বাঙ্গালী, আসামী, মণিপুরী অমদি অতৈ লোল কয়াসু শোয়দনা খঙলমগনি। য়ামদ্রবদা নখোয় অনীমক পার্টিগী লুচিংবা, দায়িত্ব লৈবা মীদি ওইরবনি। ঐ নখোয়গা খোলা-খোলীদা ৱারী শাবা পাম্মী। নাখোয়বু য়েক্লবনি হায়না ঐ খনবা ঙমদে। লমদমসিগী মীয়াম্না লৈরিবা পেন্দবশিংসি ঐখোয়সু উই। অদুবু, মখোয়বু তুহৎপীরে অমসুং নৈহৎপীরে হায়বা ৱাখন্দি লাল্লি। নখোয়না ভারত্তগী অসুক য়াম্না তোঙান তানীংলিবসি

করিগীনো? মদুগী মরম হায়য়ু। খূৎলাই পায়দুনা লালহৌরগা ভারতকী লান্মীবু মায়থীবা পীরগা মণিপুরনা সোবরিন ষ্টেট অমা ওইগনি খল্লিব্রা? মদু মঙদসু খল্লুদবা ফরে, কান্নদবনি।"

" ঐখোয় রাজনীতি তৌবা মী নত্তে, লালহৌলূপশিংগী ব্রাখল অমসুং পান্দম নৈনবসু য়াওরুদে, চুম্না শূ-নোম্লগা হিংফম থিজবনি হায়জখ্রে।" শান্তনু য়াম্না ঈংনা তপ্না মখা তাই, " করিনো, সাহেবকা ব্রারী শান্নবদা নুংঙাইবা অমদি ফাওরি। মণিপুরগী ব্রাফমসি লৌখৎতুনা খন্নবা তারবদি, ইন্সরজেন্সিগী সমস্যা ইরায় লায়থোকপা য়াদবা মতাং অমা ওইশিল্লক্লি, মসি য়াবীফম থোকই। অদুগা ' নখোয় ' হায়বা সর্বনাম্না মণিপুরগী প্রজা পূম্নমকপু কোনশিল্লগা ভারত্তগী তোখাই তানীংঙি হায়বসি সাহেবনা খনবীব্রা ? ইন্সরজেন্টশিংনা মীয়ামগী তেংবাং ফংনবা হোৎনৈ, হোৎনফমসু থোকপনি। অদুবু হৌজিক্তি প্রজাবু মখোয়না হুমদুনা পুবা ঙমদ্রি হায়বসিনা সাহেবকী ব্রাহংগী পাউখম্নি। মখোয়গী থবক য়াওরুদবা ঐখোয়না মখোয়গী ব্রাখল খঙফম থোক্তে। মতাং অসিদি সাহেবনা ঐখোয়দগী হেন্না খঙফম থোকই।"

" ঐসি নখোয়বু দণ্ডি পীবা ঙম্বা মীনি খল্লগা নখোয় ঐঙোন্দা নশক-নমিং অমসুং অশেংবা ব্রা হায়দোক্লরোই। মদুনা ঐবু নুংঙাইহন্দ্রে হায়বসু খঙবা ফৈ।"

" মেজর সাহেব," শান্তনু খরদি খন্নথোকপা পান্নক্লে। " হায়বীয়ু, মণিপুর অমদি অব্রাং-নোংপোক্কী ষ্টেটশিংগা ভারতকী অতৈ মফমশিংগা থোং মান্নরে খনবীব্রা? "

মেজর খরা নেমথরকই মুন্নসু য়েংঙি, " মান্নদে, অদুবু তোখাই তানীংবগী লালহৌগা পেন্দবগী আন্দোলনগদি য়াম্না খেন্নৈ। অহানবনা থরুম্নি, অকোনবনা নিঙাইনি। ব্রাকৎকা লানগা খেন্নবা খঙগদবনি।

" ব্রাকৎ তাবীদ্রবদি শাউরকই, অশাউবগা হিংসাগদি খূৎশম্নরে।"

" ভারত সরকারনা লমদমসিবু থওইবীদে, ব্রাকৎ তাবীদে হায়বদি লানগনি।"

" তাবীদবা অশেংবনি। মরিপুরদা চাউখৎপগী করি মমি উরিবগে? "

মেজর নোকই, " লাইরিক হৈবগী পার্সেন্টেজ ব্বাংঙি, কেনা-নান্না হিংনরি। মসিবু চাউখৎপগী খুদম নত্তব্রা? "

" ফজবা লৈতেং নত্ত্রগা পামজবা শান্নপোৎ পীরগা ঙাইহাক হ্রাউহল্লবসু চরাম্নরবা অঙাংবু কয়া কুইনা থেম্বা য়াগনি। মতম চুপ্পদা মীপান তাংদুনা, মপান্দগী পুশিল্লকপা পোৎশিংদা হিংনবা তম্বীবা মহৈদি হূ পীথকপগা অমহা ওইরক্লবনি। "

" রিসোর্স লৈত্রবা, আয় লাক্লবা হোৎননীংদ্রবা কাঙলূপ্তি মীপান অদুম তাংলগদবনি। পীথখিবা শেলয়াম হুরান্নদুনা লোইশিনবা, শূনীংদবা ময়াম্না থবক কনবা শাবা, অচাউরমদা মী উদ্রবশিংগীদমক, করি অমুক শৌগৎনীংগনি। হারিয়ানা, পঞ্জাব অমসুং খা ভারতকী ষ্টেট খরনা অব্বাং নোংপোক্কী শূনীংদবা লাইরবশিংগীদমক পোৎলূম পুবীরি, ইকাইফম থোকপনি। অপূনবা ভারতকীদমক মখোয়না ওইজবা থাদোকপদু তমজফম থোকপনি। "

" তেঙবাংগী মিংদা উশিৎলক্ত্রবদি তৌবীমল কাউনৈ। ইথন্তা ব্বানা হিংজগে হায়রকই। মদুবু খৎনবা হৌরকপনি লৌগদ্রা? "

" অদুদি, নখোয়গী ব্বাহৈদা ' নমথবীরে ' হায়বসিবু করিনো? মণিপুর মশানা, প্রজাশিংগী অপাম্বা মতুং ইন্না ভারত্তা তিনখিবনি। অদুগা হৌজিক্লা, তুংগী মীরোলশিংনা, লান্না অর্থ হন্দুনা ভারতপু য়েংথিনবা শীনবদি য়াম্না লানবা থবক্নি। হোয়, নাগালেণ্ডগীদমক্তদি ঐখোয়সু নুংঙাইতবা ফাওই। "

শান্তনু খঙহৌদনা নোকখি, " নাগালেণ্ডগীদমক্তদি করিগীনো, সাহেব? গান্ধীজীনা নোংমা মহাক্কী বার্ধাদা লৈবা সর্বমতি আশ্রমদা, মহাক্না উনবা লাকখিবা ফিজো, লোংগ্রি আওনচিংবা নাগা লুচিংবশিংগী মফমদা, মশুনুপী অমসুং সেক্রেটরী প্যারেলালগী মমাঙদা, ভারতনা নীংখা তম্নবা তুংদা নাগালেণ্ডবু শোয়দনা মনীং-মখা তমহনগনি হায়না ব্বাশকখিবা অদুগীরা? "

" মখোয়গী মথক্তা মপানগী শক্তি অমত্তনা, হায়বদি মণিপুরগী মহারাজনা, বর্মা নিংথৌনা, অহোম রাজাশিংনা নত্ত্রগা বৃটিশ সরকারনা অচুম্বা মীৎয়েংদা ময়েক শেংনা শাসন তৌখি হায়বা ইতিহাসতা থেংনরমগদবা মান্দে। "

" মদোমদা খন্নরুরবদি গোখলে, লোক মান্য তিলক্নচিংবা নেতা খরনা ফিজেৎ-চাকচা, য়ূম্লে-কৈরৈ , লোনচৎ-শাজৎ অমসুং লোন তোঙানবা অৱাং নোংপোক্কী প্রজাশিংগীদমক ভারতনা নীংখা তম্লকপা মতমদা করি ফিভমদা থমগদগে হায়বদু খন্ননীংখি হায়। মদুবু সর্দার পটেল, নেহ্রুনচিংবা লুচিংবশিংনা করিগী তাশিন্নখিদে? তুংদা মোঙ্গোলোইদশিংগী আন্দোলন লাক্কনি হায়বা খল্লম্ফম থোকপনি। "

" নাখোয় মোঙ্গোলোইদনি, ভারতকী মীশিংগা তিন্ননীংদে, অসিরা? "

" ঐগী ৱাদি, সাহেব, অহৌবদগী ঐখোয় পূম্নমক তাইবং মীনি। অমগা অমগা নুংশি চান্ননা হিংমিন্নবা হায়বসি মালেমগী য়াইফবনি। "

মেজরতা নত্তনা ইন্দুনসু শান্তনুদা মুন্না য়েংলম্মী। মেজর মহাক্কী দ্রোৱরদগী কেমেরা লৌথোক্নুনা মীফা অনীগী ফোটো নম্লম্মী।

" ফরে মিষ্টর, " মেজর লোইশিল্লকখি, " ঐ হৌজিক ইম্ফাল চৎলগনি। নখোয় অনীগী মরমদা বেরিফিকেসন অমা চৎথরুগনি। নখোয় মীচম ওইরম্লবদি ঐনা থাদোক্লগনি, নত্ত্রবদি জেল য়ৌবা তাবনি। "

মেজরনা মপান্দা লেপ্লিবা গার্দশিংদা বন্দী অনীবু পুথোকখিনবা ইঙ্গিৎ পীরম্মী।

বন্দী অনী নোংমৈ চীন্দোন্দা মখোয়গী লৈফম ক্বার্টর্স—গার্দলোমদা পুরকখি। ইন্দু মপান য়াম্না থোক্লীংলে হায়দুনা হৱা মহলদগী ফুট কুনলোম চৎথোক্লগা, অঙম্বা লৈরাই নপ্পা, লৈমায় থক্তা তাদুনা লৈবা, ফমফম ওইনবা খ্বাং ৱাংবা, ক্বিন্টল অনীরোম লূমগদবা নূং অমগী মরুমদা ফমথরম্মী। শান্তনুসু খজিক্তং লাপথোক্না মপান থোক্লি। অঙম্বা লৈরাইদা, ফুট য়াঙ্খৈরোম কূমথরগা, য়োৎকী চূক ৱাংনা য়ুংলগা য়োৎলী তিংখংনা

ফুটখায় কুংনা শম্বল খারিবদু মখোয় অনীমক্না উই। ফজনা সিক্যুরিটি লৈবা কেম্প অমদি ওইরে। অদুগা, টেন্ট মনুংদগী মখোয়না মায়কৈ লেপ্লা ঙমখিদবদু মফম অসিদগীদি ফজনা ঙল্লে। মখোয় অনীমক মনিপুর তম্পাক্না লৈরমগদবা মায়কৈরোমদা য়েংলম্মী, মিৎতা ঈরা চেল্লি। মফমদুদা মখোয়বু কুইনা লৈহনখিদ্রে।

নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মেজরনা ওফিসতগী কূমথখিবা শান্তনু অমসুং ইন্দুনা টেন্ট খিড়কীদগী য়েংলম্মী। মতুংদা কেপ্তেন ইন্নরি। জীপ থাফমদা মখোয় লেপ্তুনা ফনা কুইনা ৱারী শান্নরবা তুংদা মেজরগী গাড়ী থৌখ্রে। বন্দী অনীদু খোঙগী চেন চিং চিংদুনা চৎলগা হিপফমদা হিপ্লম্মী। অদুগী তুংদা মখোয় অনী তূমথখ্রে।

মীকপ থোরকপা শান্তনুনা হাল্লি। হৱা মহলদা ফল্লিবা কেপ্তেন্না খুলগী নুপা অমদা খুদক্তা য়েন অমা থিলহল্লক্লবা হায়বা তায়। ইন্দুসু মমিৎ পাঙথোরক্লে। মহাক ইঙাও ঙাওবগুম তপ্না হৌগৎলকখি, অমসুং নুংশিৎনা ফর-ফর হাইরিবা টেন্ট ফক্লাংদা, শেগায়রবা, নমথীরবা কম্বলদা, মখোঙদা পুল্লিবা য়োৎকী চেন্দা, অদুদগী শান্তনুদা মথং মথং য়েংলকখি। মহাক মমিৎতা ঈরা চেন্না হায়রকখি, " ও! মফমসি ওন্নরে! ঐ য়ূমদা তূম্লম্বনি! "

শান্তনু খংলাউ লাউরকখি, " ইন্দু, থৌনা লৈয়ু, হৌগৎলু, ৱারী শান্নসি। "

" তামো, মেজর অদু কৈদৌঙৈকা লাক্কনি? "

" চৎখিবতা ঙাইরি, কনানা হায়বা ঙমগনি। "

" মহাক লৈরবদি ঐখোয় হিংগদবা মাল্লি। কেপ্তেনসি ঙাঙনবা নুংঙাইতে। "

" য়ামদ্রবদা নুমিৎ তরুক্লিরোমদি হল্লকদবা মান্দে। "

" মদু ফাওবা ঐখোয় অসুম্না ... ? "

" শিবদগীদি হিংবনা ফৈ, খাঙবা তারেদনা। শিখ্রবদি ঐখোয়গী অশেংবা ৱাফম কনানা তম্বীগনি অদুগা ইনাও নহাক্না য়াম্না ৱানা তম্লুবা নহেদু তাইবং মীগী সেবা তৌরম্লবা, হৌগৎলক্লিবশিংবু লমজিং-

লমতাকপীরম্নবনি। মদু করিমত্তা শিজিন্নরমদনা, অরেম্বদা মাঙহনখিবা য়ারোইদবনি।”

“ তামো, তাঞ্জা পীদ্রবদি করমদি তৌনি।”

“ তারক্কদবা ফিভম অমা লমখাংদা হোংহনবা হায়বসি তাঞ্জাগা লৌশিংগা পূল্লি। চেকশিনসি।”

ইন্দু মখূৎনা পি তৈথোকই, শান্তনুগী নুংগী মরিল উবগুম মুন্না য়েংঙি। মহাক অব্বাবা কাউনবা অসুম খল্লি।

“ তামোনা ঐঙোন্দা মমল য়াম্লবা, ফজরবা খূদোপ অমা পীবীরে। কেপ্তেনসিনা মসিদা মুন্না মুন্না য়েংঙি।”

“ মদু খক থাদোক্কনু। ঐবু কাউবীদনবা পোৎশক্লি ।”

পূং মরি তারে। অব্বাথবী অমসুং য়েন থিনবা কেপ্তেনগী টেন্তা চৎখিবা নুপী অমা য়াম্না শাউনা, খুদক্তা, মতিল থো-থো শিত্তুনা কূমথখিবা উই। নোং- নুংশিৎ লাকপনা টেন্ত মনুংদু ইমম মল্লে। মখোয় করি ব্বারী শান্নখিনি, হৈনীংবা লৈত্রে, পাঙ্গল লৌশিং মাঙখিগদৌরে।

শান্তনুনা ইন্দুদা পাখং ওইরকপগী, য়াওশঙ অমদি অতে হরাও কুমহৈশিংদা লৈশাবীশিংগা কোয়মিন শামিন্নবগী, নুংশি চিঠি পীনবগী, চাকথেক্নবগী ব্বারী অমত্তংদি লীরকউ হায়না কন্না তকশিল্লম্মী। মদুদা মতম কয়া, অমুক্তসু নোকখিদ্রবা ইন্দু খোঞ্জেল থোক্না নোকখি। মহাক ব্বাশক্কুনা হায়, পুন্সিদা নুংশিনবা নুপী অমত্তসু লৈজখিদ্রি; হোয় খোয়দাবা, পামজবা কোয়নীং শাম্নিংবদি য়াওখিদবা নত্তে, ফোংদি ফোংদোকখিদ্রে। মদুদা শান্তনুনা নুপা মান্দে হায়না চৈরম্মী।

“ অদুদি, তামোদি? হায়দবা য়ারোই।” ইন্দু তকখৎলকখি।

“ নুপানবু নুংশিবা লৈতবা হৌনব্রা? ফোংদোক্তনসু তোক্কদ্রা?” হন্দক্তি শান্তনু ব্বারীদা থব্বায় খূৎয়াও অমনি, “ ঐনা পাখং য়ং য়ং ফারকপা মতমদা চহী লেংগা ওইবী নুপী অমা থেংনখি। মশক্তু করি হায়রুনি, খুৎফজা অমনি। ঐ মহাকপু হায়ফম খঙদনা নুংশিরবসু তাঞ্জা থোক্লদবদগী হায়বদি মহাক্কী অব্বাংবা ব্বাখলবু অয়েৎপা পীনিংদবদগী ফোংদোকপা য়াদনা লৈখি।

নুপীদুগা উনখিদ্রে। য়াম্না কুইনা উনখিদ্রবা জাৎনি। অদুবু হন্দক্তা থেংনদুনা ঐগী থম্মোয়নুংদা মহাকপু লাৎতুনা থমজখিবগী ব্বারী তৌরুই। অঙকপনি ঐগী লাইনীং মহে য়াল্লে, মীথোই মীহেনবী নুপীদু কপ্লকখি। মহাকসু ঐবুতা লাইনীং ওইরকখি হায়। খঙদেকো, হায়শিন্নরিবা জাৎলা? ঐখোয় ইকুই কুইদনা যূম্বানবগী লম্বীদা খোঙদারসি হায়না হন্দক্তা হৌদোক্লম্লবনি। ব্বাদি লোইশিন্নরমদ্রি। মদুগীদমক ঐ মীঙোন্দা তেংবাংবীনবা কন্না হায়জখিবনি। ইন্দু ঐ ঙসিদি মহাকপু য়াম্না নীংশিংলক্লি। ”

– :“ ভালো! ঐখোয় তামো দিলিপ হিরোনি। ”

নুপা অনী বন্দীনি হায়বা কাউনা কন্না নোক্লম্মী।

পূং মঙা তরে। নোং চিফেৎ চিফেৎ চুরি। অমম্বদু অমুক ঙাম্থোরক্তনা নুমিদাংগা শম্নখিগদবা মাল্লে। সিফাই অমনা চাক অমসুং তল হাপ্পা প্লেট অমগা হব্বাইথোংবা মগ অমগা পুশিল্লক্তুনা লৈমায়দা থম্লে। মহাক থৌজান হৈবা উত্তুনা অচৌবা কেন্দল অমসু চুখৎলগা থম্মীরম্লে।

হিংনবা চাদবা য়াদবনি। হান্না অরাম্বা ইফাও ফাওরমদবদু ঙসিদি ঈশিং মরাং কায়না পীরক্লবা হায়খ্রে।

পূং তরেৎলোম তাবা মতমদা কেপ্তেন চঙলকখি। শান্তনুনা অতোপ্পা কেন্দল অমসু চুখৎলি। তাখৎপা কেপ্তেন্দু কাচিন্দগী প্লাস্তিক টুল অমা লৌরগা বন্দী অনীগা মায়োক্লনা ফম্লে। মহাক্কী খ্বাংদা মখূম য়াওবা পিস্তোল অমা য়াল্লি। মহাক যু নিশা য়াম্না কারে, স্বর পৌনা পৌনা হোল্লি। ব্বা করিসু হায়রমদনা মপান থোকখি।

সন্ত্রীদা কেপ্তেন্না হায়বা তায় — “ ঐঙোন্দা চেনগী চাবী পীয়ু। নঙ খরা লাপ্তুক লৈরু, ঐ মখোয়দা ব্বা খরা হংগে। ”

কেপ্তেন চঙলক্লে। ফর ফর হাইরিবা মোম্বত্তী মঙানগী তান্দা মহাক্কী খোঙসু কারল কারল থাঙঙি। মখূৎ ওইনা চাবী পায়রি। টুলদা হান্নগুম অমুক ফম্লরে। মহাক ইন্দুগা মায়োক্লনা য়াম্না নক্না চঙশিল্লকখি। নোংমৈসু শৎকে শৎকে তৌবা অনীরক শুরে। করিনো, ইন্দুগী লুমাং শম পায়দুনা চিংঙি।

" নঙগী মিং ইন্দু হায়বা নত্ত্রা, পাখং? "

" হোয়। " য়ুনম হৈনদবদগী ইন্দু মমায় লৈথোকই।

" হৈ! মৈতৈ, মণিপুরী। নখোয়সি গন্ধর্বশিংগী ব্রিদনি হায়নৈ। ঈশৈ-জগোই হৈরমগনি । ঈশৈ শকউ। য়াম্না নুংশিবা, বেরী স্বিট শোং। "

" ঐ ঈশৈ শকপা হৈতে। "

" অচ্ছা, নঙদি? " শান্তনুদা ওনশিল্লি।

" ঐনা হেন্না হৈতে। "

শান্তনুদা কেপ্তেন্না খূবাক্লা থারকপদু পান্দে। কেপ্তেন ফান্দগী তুগে তৌরম্মী। অদুগা শাউনা নোক্লম্মী।

" নঙ ঈশৈ শক্তবা য়ারোই, নঙ ঐগী বন্দীনি। " ইন্দুগী মথবাক্তা নম্লুবা পিস্তোল তপ্না হন্দোক্লগা হায়, " ঐবু পেলহল্লু, নুংঙাইহল্লু অপঙবশা! হে - হে! নখোয়গুম্বনসু ঐখোয়দা লাল তৌগে খঞ্জবা শারি। থুই! ঈশৈ শকউ, নখোয়বু থাদোকপীগে। নত্ত্রবদি, নখোয়গী থব্রায় ঐগী খূত্তা লৈরবনি, মদু খঙজৌ। "

ইন্দু চঙক্লনা শান্তনুদা য়েংলকখি। শান্তনু মঙক ইল্লকই, চেকশিন্নবা খঙহল্লকপনি। ইন্দু ঈশৈ শকই।

— আজকী রাত মেরে, দিলকী সালামী লে লে ...। "

কেপ্তেন ঈশৈ শকপা য়াওই। অদুগা ইন্দুগী মঙক্তা অনী অহুম্লক শুরে কোল্লকপা। পিস্তোল মখূৎ য়েৎনা পায়রগা অব্রাংবা কেপ্তেন তপ্না লেপখৎলক্লে। খোঙগ্রাউ পেতি লৌথোক্তুনা অন্দরপেন্ট য়াওনা লৈমায়দা থাদখ্রে। মহাক লমহেনবা মতৌ উত্তুনা, য়াম্না উশিত্তনা ইন্দুগী চীনবান নক্লা চঙশিল্লকখি।

" মসি উম্মু, চুপ্পু , য়াদ্রবদি কাপকনি। " কেপ্তেন তকশিল্লকই। " নখোয়সি য়ুরোপকী শাজৎ য়াম্না তম্লবদাইনে। মখোযরোমদা চৎনবা নুপা প্রোষ্টিট্যুৎকী থবক্তু তমশিল্লু। থবক ফংনদবদগী কোইচেন চেন্নরিবা লমদমসিদদি য়াম্না কান্নগনি। হৈত্রগা ঐঙোন্দগী তম্বা হৌবো। সে, চঙশিল্লকউ। হৈগনিদা, করিগী হৈরোই? জগৎকী অঙকপা পাউ শেম্বা

ঙম্বীশিংগী মচা নখোয়দি অসিগুম্বসি হৈফম থোকই। শিনফম ওইনা পায়খৎলু, নত্থায় হিংনবা। সে, হৌরো।”

ইন্দু, মখূৎ য়েৎনা খূৎলৈ থুনা লমহেনবা কেপ্তেনগী অচোনবা অনীদা শুপ্লায় পায়শিল্লগা ফুক হৌগৎলম্মী। কেপ্তেন লাউবা নংদনা লোংনা হাইথখি। শান্তনুনা মখূৎতগী পিস্তোল মুনবগা লোয়ননা ফিনা মখাদু মেনখ্রে। ইন্দুনা নুপাদু অমুক লেঙলক্তনবা হোৎনখ্রে।

শান্তনুনা লেঙখিদ্রবা কেপ্তেনগী খূত্তগী চাবী লৌরগা মখোয় অনীমক্কী মখোঙদা পুনবা চেন লৌথোকপা লোইরে। সন্ত্রী কূমথরকপগী বুট মখোল তাবদা মখোয় অনী টেন্টকী থোঙ নাকল অনীগী মরমদা লুল্লম্মী। সন্ত্রীনা মঙক লিৎশিন্দুনা য়েংলকপগা শান্তনুনা মথবাক্তা পিস্তোলনা নমখ্রে। খুদুম চল্লবা সিফাইদগী এ. কে. রাইফল ইন্দুনা লৌরে। পাখৎলবা সিফাই অদুবু মখূৎ থাঙ্গৎহল্লগা হব্রা মহল্লোমদা পুরকখি। ইন্দুনা কাপথুনবা কোক চিংবদা শান্তনুনা খামখি।

“ নুপাসিনা ঐখোয়বু নুমিৎ হুম্নি চাক পীজরকপনি। ” শান্তনুনা হায়।

হব্রা মহল য়ৌরকপগা ইন্দুনা ময়াং অব্বাংবদু টেন্টলোমদা খোঙপাক্লা কাউথখি। থামম্বা মতম ওইবনা খোঞ্জেল খরা থোকখিবা নত্তনা মশক্তি উখিদ্রে।

ইন্দু ইহা হাদে, হায়রকখি, “ তামো পাখৎপীগনু, নুংজাউসি ইম্থসি। মপা য়েংলগা ঐখোয় নাম্থরসি। ”

শান্তনুনা ইন্দুগী লৌশিং অমসুং থৌরাং খঙলে। মখোয় অমম্বদুদা মীকুপ অমগী মনুংদা নূংজউদু ইম্থরম্মী। অহৌবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা ওম্থখিবা নূংজাউগী মতুং ইন্দুনা মখোয়সু নাম্থরম্মী। কুইদে, লাউ-খোংনরকখিবা, মথক্তা সার্চ লাইট ঙাল্লকখিবা। মখোয়না লোকখা য়ৌরকপদা য়াম্না নক্লা গ্রেনেদ অনী দ্রুঙ-দ্রুঙ পোকখাইখ্রে। মখোয় পাখৎতে হায়বা য়াদে। চাউর-চাউরবা নূংলক্তা, লোক ঝাংমা লাম্থোক্তুনা উজাউশিংগী মরুম থুপ্তুনা মখোয় অনী চেল্লম্মী।

ইন্দুনা হায়, " তামো ঐগী তুং ইনবীরকউ। "

শান্তনুনা ইন্দুবু তানখৎনবা হোৎনরিঙৈদা না পঙহনবমখৈ হৌরবা বোম অমা চীংমায়দুদা পোকখাইরকখি, চীংজাউদু থক থক নিকপগুম তৌই। অশোংবা নারক লৈরমদ্রবদি মখোয় সার্চ লাইটতগী লোৎনবা উপায় লৈরম্লোই। মখোয় কেম্পতগী লাপথোক্তবা য়াদবনি, উপ্রাক্লা শিত্তুনা চৎপা লেপখিদে।

পূংখায় অমগী তুংদা শান্তনু চীংদোং অমা য়ৌরে। মহাক ইন্দুগী মাঙ থারকপ্রা নত্ত্রগা তুং ইল্লকখিব্রা হায়বা কাউরে। তুংদা মখোয় লন্বী পূল্লক্ত্রে হায়বা শান্তনু খঙলকপদগী নাইতোম চেনবা হৌরকখি।

শুক্লবা উমংদা, য়েক্লবশিংগী মরক্তা মহাক ইন্দুবু করম্না থিরুগনি। কৌবা য়াবসু নত্তে। মহাক্কী ফুরিৎ শেগাইরে, নমগী শরুক খরা য়াওদ্রে। খোঙ-খূৎতা খেগাই - হুবাৎপা নত্তনা থীনা শোকপদি য়াওদে। তূম্বা হিপ্পদা শিজিন্নবা ফিশিং বেগকা লোয়ননা হুন্দোক্লম্লবনি। মহাক করিগীনো মফম খঙদনা পিস্তোল অমদি পায়রি। শান্তনু কেম্পতগী লাপথোক্লবা চীংনুংগী অশোঙবা নারক্তা খা নোংপোক পাংনা লেপ্তুনা চৎলম্মী।

# ১৮

শান্তনুগী মরমদা তংদাংবা মখা পাউ কনানসু পীরকপা ঙম্লখিদ্রে। মতম্না অকাউবগী মীচংদা লৈবনা শকুন্তলাগুম বালাসু লাংতক্লবা খরা খরা হল্হুরকখি। হৌজিক্তি মখোয় কেশকী ব্রাসু ইখনবু খল্লুদ্রবনি। বালাগী পরীক্ষা হায়দোরকপদা, ফার্ষ্ট দিবিজন্দা, পার্সেন্টেজ ব্রাংনা পাস তৌরকপগী নুংঙাইবা পাউ পীফম লৈতবদগী খোইশাওনবদি মতম খরা লৈরম্মী, মদুসু কুইবা নত্তে। নুপী মচাসিনা অঙাং ওইরিঙৈদগী মেদিকেল নত্ত্রগা মপানগী অফবা কলেজ অমদা মখা তমথরুনবা শাগৎচরকপা মঙলান অদুস্ু তপ্না তপ্না থাদোকপ্রে। মরমদি, মমানা মথন্তা তরক তরক লৈহৌগদবদু খন্দবা ঙমলক্ত্রবনি। মনা-মনিল নাইদনা মহাক দি. এম. কলেজদা মিং চনশিল্লে।

পুন্সিগা পুন্সিগা মরী লৈনহল্লিবা পোৎশকসি থবক্লি করম্না হায়রোই। গুবাহাটীদা থা খরা লৈরুরবা শান্তনুগী খুরাতোন নোংমা নুংথিল অমা, ইথা থাজদনা শকুন্তলা উনবা লাক্লম্মী। বালানা কলেজ চংখিবা মতম্লি। খুরাতোন্না চিঠি অনী শকুন্তলাদা পীরম্মী। মমাঙ লাকপদা শিন্নরম্বা য়াবনি, মখোয় লৈরমদবদগী অদুম থল্লকপনি হায়। শকুন্তলানা য়েংবদা, অমনা মশানা ইখিবা চিঠিনি, অতোপ্পদুনা বালাগীনি। খুরাতোন্না মপুশিংদা খুৎশিন্ননীংবগী মরম খঙলে। মহাক্কী পুক্নীং খংনৌ নৌই।

শকুন্তলানা হংঙি, “ খুরাতোন, ওজা শান্তনুগী মরমদা অনৌবা করি পাউ ফংবীবগে? ”

অহলনা খুম্মী, " ফংদ্রে ইবেম্মা, ঐসু ৱানা ঙাইকুবনি। গুৱাহাটীগী এস. পি. অমনা মহাকপু থিবগী থবকসি কন্না হোৎনবি। আসামখক্তা নত্তনা, মণিপুর য়াওনা, লোন্নবা ষ্টেটশিংদগীসু পাউ লৌই হায়। মখোয়গী ৱাখল্দা শান্তনু হিংলি। মণিপুরগী লালহৌলূপ অমনা মহাকপু ফাখিবনি হায়বগী থাজবা লৈ। মখোয়না শান্তনুগী হৌরকফম, ইমুং-মনুংগী ফিভম, ৱাখল-পুকচেল , তিন্নবা শঙ্গশিংগী মরমদা ঐঙোন্দগী খঙনবা হোৎনৈ। ইকাই হঙ্গোইদনা তমথোকচরবদা শান্তনুগা ইবেম্মগা নক্নবা মরী অমা লৈ হায়বসি মখোয়না খল্লি। মদুগী মরমদা ঐঙোন্দা য়াম্না হংখ্রে, ঐ করিমত্তা খঙদে হায়না খুমখি। "

শকুন্তলানা শমথৈ, " চিঠি অনীসি মখোয়না পাবল্লগনি, মদুদগী খঙনীংবা লৈবনি। "

" পারম্বা য়াই, ঐদি হাংদোকখিদে। ৱাবোলবুদি ইবেম্মনা ঐঙোন্দা হায়খিবশিংদুগা মরী লৈনরমগনি খঙখ্রবনি। "

" চুম্মী। "

শকুন্তলা মখা তাখিদ্রে। ককচিংগী অহল কবিমত্তা চাও-থকউ হাযবা য়াদনা হনখ্রে।

থোঙ্গালফাওবা অহনবু থিন্দোক্লুবা শকুন্তলানা হান্নগী ফমফমদা অমুক হল্লক্লে। ওন্থোকপনি, মাগী চিঠি শান্তনুনা পাখিদ্রে, পুলিসকী খূৎতা তাদুনা ৱাহং কয়া থোকহন্নবা পোৎশক ওইখ্রে খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইখিদে। তুংদা, হঙ্গোই হঙ্গোইনা মচানুপীগী চিঠি পারম্মী।

অহৌবদগী শিন্থরকপা পি শকুন্তলা পাবা লোইবা ফাওবদা থিংবা ঙমখিদ্রে। মচানা শান্তনুবু অদুক্কী মতিক নুংশিরমগনি হায়বা থাজকদে। লৈশি-লৈথোন্না থল্লবা ৱাহৈ-ৱাতাশিংদু নৌরিবী মচানা কনাদগী তম্লুরিবনো, মহাক ঙকখি, হঙ্গোইবদগী থাগৎনীংবনা হেল্লি। হৌজিকপু মচাদা চিঠিদু করম্না পীগনি, ফররোই।

শকুন্তলা তপ্না হৌগত্তুনা চিঠি অনীদু উপু মনুংদা, কান্নখিদ্রবা পোৎশক ওইরবসু য়াম্নদি পাম্মুজনা, শান্তনুনা ইরকখিবা চিঠিগা পূন্না ফনেক

অমগী মবক্তা য়েপ্পগা চেকশিন্না থম্লুরে। মহাক ইহে হৈনীংলক্তবদগী ফমুংদা তিংথোক্লম্মী।

শকুন্তলা মথন্তা হন্না হন্না হংজরি – ‘ শুপ্পগী নুমিৎ খরনিখক্তং লোয়নখিবা শান্তনুগা ঐখোয়গা অশুক য়াম্না লোনদিন্নখ্রিবা, নক্লবা মীশক ওইখ্রিবসি করিগীনো? নুপাগা নুপীগা থম্মোয়গী নুংশি-মরী লাম্থোক্লদ্রবদি মদ্দপ শেন্বা য়াদব্রা? ঐগী নক্লজবা মীনি হায়না লৌরুবা লাল্লিব্রা? ইশাগী মায়কৈদগী অরানবা মীৎয়েং অমদি লুজদবা ব্রাখন্দা অতিথি মাবু ওকখিদে। মসিদি লাইগী ফাংখোঙ পায়দুনা, মৈ শোক্তুনা ব্রাশক্লবা ঙমগনি। অদুগা, হৌজিক শান্তনু ফুৎ ফাওরক্তুনা লেঙদবা পুকচেল, অরেপ্পা ব্রাখলগা লোয়ননা অমুকসু নুংশি ভিক্ষা নিররবদি করি থোক্কনি? খনবদা কোক ঙাওবোই হায়বা য়াররোই। মতাং অদুদা বালাগীদমক হায়জবা ব্রাফম শান্তনুনা তাগদ্রা? তারোই। মরমদি, মসি পাক হৌনদবা থবক্নি। মদুগী ফল ওইনা, চাউনা নীংবা কায়গদৌরিবসি কনা ওইফম থোকই? নৌজরিবী ইচা। অসুম্না মমা-মচাবু ইকাইবা অমসুং নীংবা কায়বগী মায়খূম উপ্লগদবা মীশক অমবু য়ূম অসিদা অসুক য়াম্না লাকহন্নীংবগী মরমসিসু অঙকপা অমনি। ’

বালা কলেজদগী হল্লক্লে। মফি-মরোল হোংদোকপা লোইরগা ঈশিং গ্লাস অমা থক্তুনা মমাগী নাক্তা লেপ্লে।

“ ইমা, ঐ ঙসিদগী নুতিগী নুমিদাংব্রাইরমদা জুদো ক্লাস অমা য়াওবা চৎপা তারে। মিং চনশিল্লম্লে। ”

শকুন্তলা লোংনা ফুক হৌগৎলি, “ করি হায়বা? কদায়দা? ”

“ ঐখোয়গী কলেজ কমপ্লেক্সতা লৈবা ওদিতোরিয়মদনি। পূং অনীগী ক্লাসনি। ”

“ হেরা, অদু তম্লগা কৈদৌদৌরিবা? ঐ হৈনজদে ইবেম্মা। নঙসি লৈশাবীনি। ”

“ নুপীসু হৌজিক্কী মতমদদি তমদবা য়াদ্রবনি, ইমা। ”

“ খঙদ্রেদা! নমান্নবীশিংসু য়াওরিব্রা? ”

" ভারীনিদা! " বালা মমাগী পামজদবদু কোকহন্নবা হায, " ইমানা অসিবু ইনৌ নৌবা ব্না ওইনা খল্লি। অদুগা," বালা মমাগী শম নাল্লগা মখা তারকই, " ঐখোয়গী টেলিফোন পুশিল্লসি, ইমা। নত্তগা, মোবাইল ফোন অমা লৈরসি, মীপূম তিংনা পায়নরবনি। টেলিফোন লাইন্দা নত্তগা মোবাইল ফোন পায়বা অমদা , নম্বরবু খঙলবদি, কদায়গী মফমদা লৈবা ওইসনু, ব্নারী শানবা য়াই। ইমান্নবী অমনা ঙসি কলেজদা পুরকই, মপান্দা লৈবা মবুং অমনা লৈবীবনি হায়। মদু ঐখোয়সু অমত্তং লৈসি, য়াম্না কান্নগনি। "

" করি কান্নগনি? অদুগুম্বদু ঐখোয় থম্বা ফত্তে খন্নখ্রবা নত্ত্রা? " শকুন্তলানা মচাগী ব্না ককই।

" হৌজিক্তি ঐখোয়গী ফিভমসি অহোংবা অমা লাকপগুম তৌই। টেলিফোন থম্বদা অকায়বা লৈগদবা মান্দ্রে। ইমা, লৈসি। চেকশিন্না শিজিন্নরগা লোইরে। "

" মমলবু যাম্লমগনিনে। " শকুন্তলা নেমথবকই।

" য়াম্না পীবসু লৈ, লীশীং তরাদা ফংবদুসু অদুম শিজিন্নবা য়াই হায়। "

শকুন্তলা মখা তারক্কে। মচা লৈশাবীনি। মখোয়গী অপাম্বা মখল-মথেলনি, পোৎতসু, শিনফমদসু। অনৌ অনৌবা হিরমদা চাংয়েংনীংবা মতম্নি। ময়াম্না তৌনদবা থবক অমা মচানা হায়বা নত্তে খল্লকখি।

" পোৎতুদি কদায়দা ফংবগে? "

" ইম্ফালদসু য়োন্নরে হায়। অদুবু খরা ফবা খলহল্লগা দিল্লীরোমদগী ইমান্নবীগী মবুংদুবু থাহল্লক্লসি। শেলদু পীথ্রসিকো, ইমা। "

" হোয়নে, নঙগীদি হায়বু হায়রদি ... । "

শকুন্তলা হৌগৎখ্রে। মহাক মাঙগী ব্নাখল মখা চৎথবগুম মাঙ্গোন্দা অমুক ফল্লম্মী।

মমা মচাগী পুক্নি খ্বাইগী ঈচেন্দা খরা খরা হল্লকপা হৌরে। শকুন্তলা মরূপশিংগা থবক পায়খৎলে। নোংমা ইথা থাজদনা কোর্ত্তগী সমন অমা

পিয়ন্না পীরে। উধববকী মথক্তা তৌখিবা কেশকী হিয়ারিংগী মতাং ওইরম্লে। মরোলদি, মথং হাপ্তা, য়ূমশকৈশা নুমিৎকী অয়ুক পূং তরামাথোই তাবা মতমদা ইম্ফাল ইষ্টকী এম. আই. কোর্ত্তা শকুন্তলা সাক্ষীশিংগা লোয়ননা লাক্লবা খঙহল্লপনি। মদুদা লাক্তবা থোক্লবদি নাকল অমগী ব্রা তারগা কোর্টকী রায় তারগনি হায়রকখি। শকুন্তলা কোক ঙাওই। পুথোক্কদবা সাক্ষী কনানো? দলীলগী সাক্ষী কালা শিখ্রে। দলীল মতম কুইনা থম্লুবা শান্তনু মাঙখ্রে। উকিল মনিদি দলীল ইবখক্তনি, শেল শিংদোক শিংজিনগী মরমদা করিমত্তা খঙদে হায়না চেনখ্রবনি। দলীল মাঙখ্রে হায়না গম্ভীরনা করিগুম্বা মঙোন্দা তাকখিবা লৈতে হায়খ্রে। উকিল য়াওদনা তৌরুগদবা আরগুমেন্ট করিনো? কনাগা তান্নরুগনি। উকিল পূম্নমক মঙক হাইরকখ্রে। কেশতা মায়থীবা ফংবগা নকশিন্নরক্লি। শকুন্তলা মকোক ঙাওবমখৈ খল্লবা তুংদা এস. পি. প্রিয়া নীংশিলক্লে।

নুংথিল অমা শকুন্তলা প্রিয়াগী ওফিসতা চৎলম্মী। কেশকী মরী মখোঙ অমসুং হৌরকখিবা ৱারী শৃগায়না প্রিয়াদা লীরম্মী। মরক্তুদা শকুন্তলা ৱা ঙাঙবা চপ চপ লেপখি, অনাবা খাঙবগী মতৌনি, মহাক য়াম্নসু চোকথনা উরে। মায়থোং তাইফেৎ তাইবতা নত্তনা মমীৎ ইপাঙ পাঙনীংদে। মওংদু উবদা প্রিয়া নুংঙাইজদে।

" হকচাং নুংঙাইতব্রা? " প্রিয়ানা হংঙি।

" ঙরাংদগী চনীং কন্না নাই, চরা অনী শুরে চাদবা, অরাম্বা ইফাও ফাওদে, কোকসু ঙাওই। "

" অদুদি ৱারী তোক্লসি, ঙাঙদবা ফগনি। ঐ উকিল অমত্তং থিরগে, কোন্না পাউ পীরক্লগে। হৌজিক্কীদি ডাক্তর অমত্তং য়েংহনসি, বি. পি. চেক তৌথোকসি। ঐ গাড়ীদা অঙাংশিং থিলহঞ্জগে, ডাক্তরদু ইচেনি। হৌজিক মহাক্কী ক্লিনিক্তা লৈব্রা য়েংগে। "

প্রিয়া তেলিফোন থাঙ্গত্তুনা দাইয়ল তৌরম্মী। ৱা খরা হায়খি। শকুন্তলাবু ফজনা য়েংবীদুনা মহাক্কী নুংঙাইতবা মরোল পূম্নমক মঙোন্দা খঙহল্লক্লবা শিন্নরম্মী। মহাক হৌগৎলকপগা লোয়ননা শকুন্তলাদা চৎনবা

ইঙ্গিৎ তৌরম্মী।

ডাক্তরনা শকুন্তলাবু য়াম্না কুপ্না, চেকশিন্না য়েংখি। বি. পি. খবা নেম্মী। এবদোমেনগী শরুক এক্স-রেগা লোয়ননা অলত্রা সাউণ্ড লৌহল্লম্মী। ডাক্তরনা মথং নুমিৎতা লাক্লবা হায়রবদা হীদাক্কী প্রিসক্রিপসন চে পুরগা শকুন্তলা য়ূমদা হল্লক্লে। প্রিয়ানা মহাক্কীদমক তৌবীরিবা থবকশিং, উৎপীরিবা থৌজাল ময়াম করম্না লমন শিংসিগে খল্লম্মী।

য়াচংবদা মহাক কেপসুল অমা চারগা হীদাক মহী চামচ অনী থকপদগী হৈনীংবা খরা পোক্লে, চোকথবসু ফরে। নুমিদাংদদি চাক ফনা নীংথিনা চাখি। অদুগা লোয়ননা য়াম্না নুংঙাইনসু তূপ্লে।

মথং অয়ূক্তা, পূং নিপাল তাবা মতমদা, শকুন্তলা মচাদা চাক-ঈশিংগী মরোল শিন্নরম্লগা ডাক্তর উনবা চৎলম্মী। ডাক্তবনা শকুন্তলাগী মশাদা অনাবা করিসু লৈতে, ৱাখল খরা ৱাবদগী চাকখাউ অমসুং কোক্তা নুংঙাইহন্দবনি, হীদাক চাবগা ফজনা পোৎথাবদা ফজখিনি হায়রকই। শকুন্তলা হবাওনা ময়ূমদা হল্লক্লে।

শকুন্তলানা ময়ূমদা য়ৌবকপগা বালানা পাউ তম্মী, " ইমা, ঙসি উকিল মনি হায়বদু লাক্লম্মী। "

শকুন্তলা খংপ্রেক খংঙি, ডাকু অমা চঙলক্লম্মী হাযবগুম তায়। অশাউবা মপৈ অমা থুংলখি।

" করি হায়রম্মী? "

" সুম কোয়থোরকপনি হায। ঐ থোইনা মখাসু হংলুদ্রে। "

" হূইদুনা করিগীনো য়ূমসিদা চঙলক্কিবা! "

শকুন্তলাগী চীন্দগী করি করিনো অথীবা ৱাহৈ খরদি থোকখ্রে।

বালানা মখা তাই, " ঐবু য়াম্না চাউরম্লে, ফজবসু য়াম্না হেল্লম্লে। লাইরিক কন্না তম্মু। অঙম্বা মতেং পাংগনিকাসু হায়রম্বনি। "

" তাজনীংদে হূরানবশিংগী পাউতাক। করি মতেংনো নীংশিংবীরক্কিবা, নাকোং ফুল্লি। " শকুন্তলা শাউবা হন্দে।

বালা কলেজ চৎখ্রে। শকুন্তলা ইমুংদা মফি হোংদোক্লম্মী। মহাক

মশা লৈত্রিঙৈ, অচেংবা তাঞ্জা য়েংলগা মনি লাক্লম্বনা মরম ওইরগা হায়ফম খঙদনা নুমিৎতু য়াম্না ওলাং-ওনশাউখি।

নুমিৎ মঙানিগী মতুংদনি, এস. পি. প্রিয়ানা শকুন্তলা উনবা লাকখিবদু। শুমাঙফাওবা মহাক্কী জীপসি থৌজিল্লকখি। ময়াইমরপ ওইনা নোং চুরি। মহাক্কা লোয়নরকপা ড্রাইবর অমসুং সিফাই মরি মপান্দা ফমহল্লগা মশাদি শকুন্তলাগা লোয়ননা ইমুংদা চঙলম্মী। শকুন্তলা অমসুং বালানা মহাকপু হরাউনা ওক্লম্মী। হৈ-রা খরা টেবলদা থল্লম্লগা বালা হৌগৎলকই।

" অন্তি, ঐ য়ৌরুখিগে। "

" কদায়দা? " প্রিয়ানা হংঙি।

শকুন্তলানা খুম্মী, " খঙদ্রে, মেদাম, জুদো তম্লি হায়য়ে। "

" ফৈনে, ফৈনে। " প্রিয়া নোক্তুনা হায়।

বালা চৎখ্রে।

" মেদাম লেঙবীরকপা য়াম্না নুংঙাইজে। " শকুন্তলা মখা তাই।

প্রিয়া চীংনা য়েংঙি।

" ঐগী নুংশিরবী শকুন্তলা, ঐ নহাকপু উনবা লাকপনি, ঐগী দিউতি অমা ওইনা। "

" তাকপীয়ু মেদাম। " কেশকী ব্রাফম নত্তবা অনৌবা পাউ অমা লৈরমাল্লে খন্না শকুন্তলা খৌরাংবা উৎলি, " করি ব্রাফম লৈরবগে? "

" ঐ নঙগী উকিল থিরি, শোয়দনা ফংগনি। ব্রাফমসি থমখিসি। ঐ নঙোন্দা ব্রা খরা হংগে। চিংনবা হঙ্গোয়বা থাদোক্লসি, লৌথুপ-লৌকোয় য়াওদনা হায়নসি। " প্রিয়া পুলিসকী লুশিনবা মওং খরা লোয়নৈ।

" করিনো তাকপীয়ু, মেদাম। "

" নহাক শান্তনুগা খঙনবীবা কয়া কুইরে? " প্রিয়া কলম অমসুং নোটবুক পায়দুনা ইশিন্নবা থৌরাংদা লৈ।

" মহাক্কা ঐগা উনখিবসি চহী তরামুক্কী মমাঙদনি। রেলগাড়ী মনুংদা থেংনবনি। ঐ মহাকপু পূরা কাউরুরে। হন্দক্তা নৌনা শক খঙনৈ।

মমাঙদা তমজখিবদুনি, মহাক দলীল থিনবা লাকখিবনি। ”

“ নহাক নুপা লৈত্রে হায়বা মহাক হান্নদগী খঙব্রা? ”

“ খঙদবা মাল্লি। ঐনা মঙোন্দা ঐখোয় মপা লৈখিদবগী পাউ তম্বদা মহাক য়াম্না ৱাখি, নুংঙাইজখিদে। ”

“ মহাক্কী শকফম, কুচু, শাওং-শাবান অমুক্তং হায়বীয়ু। ”

“ ঙৌই হায়বনা য়ামগনি। ” শকুন্তলা মোমোন নোকই, “ মশক-মতৌ ফজে, ৱাংঙি-চাউই, ফিবম মুতী চঙখোল্লি। খরা কুপশিন্না হায়রগা, মমায় শাংতক তাই, নাতোন তুম্মি, লেংজুম ফল্লি, মরেপ্পা ঙমতক তৌই। আর্য্যান অমসুং মঙ্গোলিয়ানগী য়ানশিন্নবা শক্লি। ৱাশি লৈ, য়েংবদা নুংশিবা পোকই।

“ আইদেন্তিফিকেসন মার্কতি পীবীবা ঙমগদ্রা? ”

“ য়েৎথংবা লাইবক্তা অমুবা শম্বু অমা থুংবনি। ”

“ চহি কয়াগী লেঙগানো? ”

“ চহী কুন্থ্রামঙাদগীদি য়াম্না হেল্লোই। ”

“ মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমা লৈব্রা? ”

“ মদুমদি খঙজদে। ”

“ মহাক য়ূমসিদা কয়ারক লাক্লম্লে? ”

“ মরিরক লাক্লম্লে। ”

“ মথন্তা লাকপ্রা নত্ত্রগা কনাগুম্বা মীগা লোয়নরকপ্রা? ”

“ ঐনা খঙ্গবদা ইম্ফালসিদা মহাক্কী খঙন-চান্নবা য়াম্না তাঙলমগনি; মথন্তা লাকই। ”

“ য়ূমসিদা মহাক অহীং লেকপা য়াওখ্রমাল্লে? ”

“ হোয়, নোংমা অহীং অমা লেকখি। ” শকুন্তলা মমায় ঙাংতক তৌই। “ মহাক ইমা-ইচাবু খুদোং থীবদগী কন্ননবা লাকখিবনি। ”

এস. পি. শন্দোকপা ৱারোন্দা মখা হংঙি, “ শেল শিংদবগী থাঙ্গৎলুবা কেশকী ৱাথোক্কা মরী লৈননা নমা-নচাগী পুন্সিদা শীংনবা, য়ৈখাই-থিনগাইবনচিংবা লাক্কনি হায়বা মহাক মাঙজৌননা খঙখি,

অসিরা? ”

“ অহোয়, মেদাম, অদুমক মহাক্না তোয়না পনখি, ঐখোয়দা চেকশিন্না লৈনবা তত্তনা হায়খি। ”

“ চেকপল ব্রাংমদা পুলিসনা নহা অনী হাৎখিবা অহীংদা মহাক য়ূমসিদা নহাক্কা তূম্মিন্নখি। চুন্ব্রা? ”

“ হোয় তূম্মিন্নখি। ”

“ মতমদুদা মহাক করি ফি শেৎলি? ”

“ হঙ্গামপাল মচুগী গমশা অমা শেৎলি। ”

“ মদু মহাক্না পুরকপ্রা? ”

“ নত্তে, ঐনা পীবনি, মহাক্কী খোঙগ্রাউ হোংদোক্লবা। ”

“ ফিদু হৌজিক লৈরিব্রা? ”

“ লৈ, ঐনা উপু মনুংদা থম্লি। ”

“ মরকসিদা গমশাদু শূদোক চামথোকপকাদি তৌবীখ্রব্রা? ”

“ শূদোকখিদ্রি। ”

এস. পি. স্বর শাংনা হোল্লি, মপাল্লোমদা নোংগী ফিভম য়েংলগা থুজিল্লকখি, “ অদুদি, গমশাদু ঐঙোন্দা অমুক্তা পীবীবা তারে। মাঙহঞ্জরোই, নোংমা থিঞ্জরক্কে। মদু পুবগী মরমসু কোন্না তাকচরগে, নুংঙাইতবা তৌবীগনু। ”

শকুন্তলা উপু মনুংদগী হঙ্গামপাল গমশা লৌথোক্লুনা এস. পি.দা পীরম্মী। পোৎ পীরিবা মীগী ইকাইজবদু লৌরিবা মীনা উরম্মী। এস. পি. শকুন্তলাগী লৌথুপ লৌকোই য়াওদবা, পুকচেল তিংবা মতৌবু থাগৎলন্নগা থোকখ্রে। পুলিসশিংদু নোংলক্তা গাড়ী থৌদুনা চৎখি।

শকুন্তলা এস. পি. গী ব্রাহং-পাউহংদা ঙকপা কোক্লি। মহাক্কী নুংশিজরবী মরূপ প্রিয়াদা পক্লিবা পুলিস ওফিসরগী লোনচৎ মহাক ঙসিদি খরা হেন্না খঙখি। চৎথখিবা ব্রাহংদু শান্তনুবু থিবগী মরীদা ওইবনা মহাক চিংনবা লৈত্তে। অদুবু লাংতক্লবা অমদি লৈরি। অদুগী মথক্তা, মহাক্না ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা ঙমখিদবদগী ইকাইজবা অমদি পুহৌরি। প্রিয়ানা মহাক্কা

শান্তনুগা মোলাং তিন্নখ্রে হায়না খল্লি। মশানসু হায়দোকখ্রবনি। শান্তনুনা শেৎলম্বা গমশা পুখ্রিবসিনা করি অরোনবা থিনবনো? মতমসিদা ডাক্তরশিংনা তৌনৈ হায়বা চাংয়েং মখলশিং, নুপা-নুপীগী মরীদা ওইগদৌরিব্রা? মসিদনি মহাক্লা হঙ্গোইজরিবা। শান্তনুনা মহাক্কী ফমুংদা তৃমখি হায়বসি মচা নুপীনা খঙখিদে। প্রিয়াগী ব্রাহংদা মহাক্লা খুমখিবশিংদু মচানুপীনা তারম্লবদি করি থোক্কনি; মসিদনি মহাক্লা কম্লাক নিক্লিবা।

ছাটিন খন্দুনা গেট লোনশিল্লুবা শকুন্তলা হঞ্জিল্লক্তুনা ইমুংদা তুমিন অমুক ফম্লম্মী। উরোন উরোন উইরুরে। বালানা গেট হাংনবা কৌরকপদা মীকপ থোরকপনি।

বালা ঙসি ক্লাস লৈতবদগী ঙন্না হল্লকখি। মহাক য়ৌরকপগা প্রিয়ানা লাক্লম্বগী মরম খঙনবা হোৎনরকখি।

" ইমা, অম্তি লাক্লম্বদু করি হায়রম্বগে? "

" ওজা শান্তনুগী মরমদা ব্রা হংলম্বনি। "

" ঐনা খনবদা মহাকসু থিবগী থবকসি য়াওরিমাল্লি। "

" ষ্টেট নত্ত্রগা দেশ অমগী ব্রা থমখিসি। অন্তর্জাতিগী ওইবা পুলিস নেটবার্ক লৈ হায়নরিবদুনি। অদুগী মথক্তা ওজা শান্তনুখোয়গী খুরাতোন্না মণিপুরগী পুলিস হেদকার্টর্সতা মহাকপু থিবীয়ু হায়বগী ব্রাকৎচে লানখৎখিবগী ব্রাফম তাখি। মখোয়গী থবক্তা ঐখোয় শেংনা তেঙবাংফম থোকই। "

" করি করিমক্তি হংলম্বগে? "

" মহাক য়ুমসিদা অহীং অমা লেকলম্লা হংঙি। মহাক্লা চৎথরম্লিবা ইনক্বারী অসিগী মরমদা ঐনদি হংখিদে; মহাক্লসু তাকথোক্লীংদবগুম তৌই। "

বালা মখা তারকখিদ্রে। মহাক্কী কাদা চঙখি।

# ১৯

শান্তনুগী মরী মখোঙ খঙদনা লৈরকপা চহী অহুম ফারে। মহাক শিপ্রে নত্ত্রগা হিংলি হায়বা অশেংবা পাউ পুলিসনা পীবা ঙমদ্রবনি। বালানা মহাকপু নীংশিংবগী চাং তপ্না তপ্না হন্থরকপা মহৌশানি। শকুন্তলাদসু মদু মঙাই, মচাবু মীকোক থোংহন্নীংবনা লম্ফে ৱাখল চঙহন্নীংদ্রে। মহে-মশিং তম্বা মপূং ফারগা লাইবক্লা তম্বা মশুং-মমান্নবা অমা মরাইনা থোকচরক্কনি, মচাদা করি ৱাৎলি হায়বগী নাপল মতেক অমসু লাকখ্রে। মসিমক্তি ফত্তে হায়বা য়ারোই, থৌনা অমসুং হৈনীংবা হাপ্লিবনি।

শকুন্তলা কেশকী মতাংদা মরম চাদনা, মথৌ চিনবী এস. পি. প্রিয়াদা হেনমন্না য়েৎপসু পান্নমদে। নোংমা উধবকী উকিলনা কোর্ত্তা — ‘ শান্তনু হায়বা হূরানবা মীচেন অমগা শকুন্তলাগা লৌতুনদুনা পুথোরকপা দলীলনা শিংদোকখ্রবা শেলবু শিংদ্রি হায়হন্নবা হোৎনবা কোর্তনা য়াফম থোক্তে। ’ হায়খিবদুনা থম্মোয়দদি হন্না হন্না চৈনা পীররি। অদুবু, ৱাহে অদুগী পাউখুম পীবীনবা অফবা উকিল অমত্তসু চোংথোকপীরকখিদবগী মরম অমুক নৈনরুবগী কান্নদ্রে হায়না খল্লম্মী। মহাক্লা পীজখিবা জবান পূম্নমক্তি শেমজিনবা ৱারী তাহনবীখি। সাক্ষী য়াওদবগী খুদোংচাদবনা প্রিয়ানসু পাঙ্গল উৎপা ঙমদ্রি।

চহী অদুগী এপ্রিল থাদনি ষ্টেটকী এসেম্বলী জেনরেল ইলেক্সন তৌননবা লাউথোকখিবসি। মতম নকশিল্লক্লে, থা অনীরোমদা

ঙাইশিল্লক্লে। শকুন্তলাবু মখোয়গী কেন্দ্রদা মীরেপ ওইনবা লৈকাইগী মী খরনা হায়রকখ্রে। মহাক য়াখিদে। মতমসিগী ভোটকী মওং মহাক খঙঙি, অদুগী মথক্তা অচৌ-অশাং ওইবসু পামজদে, মতিকসু চাদে খঞ্জরম্মী। অদুবু মহাক, অচুম্বা পাম্বা, লমচৎ ফজবা কেন্দিদেৎ অমগীদমক ভোটতি খোমগে খল্লম্মী।

উকিল মনি শকুন্তলাখোয়গী কেন্দ্রদা মীরেপ ওইনা চোংথোরক্লে। শকুন্তলানা শৌগৎনীংবা কেন্দিদেৎকা উকিল মনিগা চপ চানা থেংনগদৌরি।

লৈরক খুল্লক, অহীং নুংথিল ভোট খোম্নবদা পূম্নিল নিল্লে। উকিল মনি শকুন্তলাগী য়ূমদা লাক্কুনা তেঙবাংবীনবা হায়জরবা অহুল্লক শুরে। ভোটপু ফংগনি হায়রবদি কেন্দিদেৎশিংনা খুরুমদবা, হায়জদবা কনানো, খোংবাল্লাই তীনখাক ফাওবা মখোয়দি পূজা তৌবনি। মঙোন্দা ভোট পীরবদি কোর্ত্তা পন্দুনা লৈবা কেশ লোইশিলহনগে, উধবপু শেল শিংহনগে হায়না ব্রাশক্লবা উকিল মনিদা য়েংলগা শকুন্তলা মোমোনতমক নোকখি। ব্রা অমা ফাওবা ঙাঙথোকখিদে। ময়ূমদা লাক্কুনা নোঞ্জরবা মীবুদি তথী-তথী তৌনীংদবগী মমাদা লৈবা ব্রাখন্দু বালানা উই।

ভোট থাদগদবা নুমিৎনা অসুম অসুম নকশিল্লকপগা শকুন্তলা মমা মচানা মনিগী মায়োক্তা মীচং কন্না খোল্লে হায়বা ময়েক শেংলকখি। পুকচেল শেংবা, মীয়ামগীদমক্তা খনবীগদবা মীরেপ্পু শৌগৎসি, পৈসা লৌনবগী ব্রাখল থাদোক্লসি হায়না হৌগৎলকপা মতমদা ব্রাশক্লখিবা মীয়াম নোংম-নোংমগী মশীং হুন্থরক্লি। পৈসানা মনিবু নোকহনখ্রে, নোংমৈ পায়বা অরোনবা কাঙবু অমনা মনীং তম্না ভোট খোমহনখি, অব্রাবা লৈহনখিদে।

মনি ভোট কাখ্রে। সরকার শেম্বা য়াওদুনা উদ্যোক মন্ত্রীসু ওইখ্রে। থা অনী চুপ্পা তূম্নি-চানি খঙদনা হোৎনরুবা শকুন্তলা মায়থীখি। মহাক লন্নাই শেলসু য়াম্না পুথোকখিবনি, কান্নখিদ্রে। মহাক মতম খরদি মপান থোক্লীংখিদে, অনাবগা অমহা ওইখি। বালাগী নুংঙাইতবসু মমাদগী তাখিদে।

শকুন্তলা চান্ননা নারে। ডাক্তরনা মহাকপু মতম খরা হোস্পিতালদা

লৈনবা পাউতাক পীরম্মী। শকুন্তলা হোস্পিতালদা মিং চল্লে। বালাসু মমাগী মনাক্তা সেবাগীদমক লৈরম্মী। শকুন্তলাগী অনাবা ইনবেস্তিগেসন তৌবদা মতেং ওইনবা হান্না লৌখিবা এক্স-রে, অলত্রাসাউণ্ডনচিংবা টেষ্টকী রিপোর্টশিং অমদি চাখিবা হীদাক্কী প্রেসক্রিপসন ডাক্তরনা য়েংবা পান্নম্মী। মদু হৌজিক ময়ূমদগী লৌরুবা তাবনি।

শকুন্তলানা মনাক্তা ফন্নিবী মচাদা হায়, " চৎলু, ইবেম্মা। চেশিংদু উপু অচৌবগী মনুংদা লৈরমগনি, লৌরুরো। "

" ইমা, ঐ চৎলুখিগে, থুনা অমুক লাক্কে। "

মমাগীদমক ব্রাজরবী বালা ময়ূমদা চেনখ্রে।

ময়ূমদা বালা মমানা তাক্লকপা উপু হাংদোক্লুনা চেশিংদু থিরম্মী। কা খুদিংদা য়েংঙি, ফংদ্রে। মপুন্নীংদা শোল্লম্মী, কয়াবু চেকশিন্না থন্নিবনো। মহৌশানা পোৎ থিবা হায়বসিমক্তবু নুংঙাইবা জাৎ নত্তে। ইফিং হেক্তা ফিংগৎলকই। মহাক ফি অমগী মথংদা অমা শোৎ শোৎ চিংথরগা য়েংঙি, ফ্রং ফ্রং কল্লি। ময়েক নাইবী ফনেক অমগী মনুংদগী চিঠি খাউ অহুম তারক্লে। বালা ইঙক ঙকই, মথং মথং লৌখত্তুনা য়েংঙি। অহানবদু মহাক্না গুৱাহাটীদা লৈবা শান্তনুদা থাখিবদুনি, উবগা খঙঙি। অনীশুবনা মমাদা শান্তনুনা থারকপনি। অহুমশুবনা শান্তনুদা মমানা ইবা চিঠিনি।

মরোল খঙনীংমনবনা মহাক অতোপ্পগী চিঠি পানদবগী চৎনবী তুংওইনখ্রে, খুদক্তা শান্তনুগী চিঠিখাউ হাংদোক্লম্মী। মহাক য়াম্না পুক্নীং চঙনা পারম্মী।

শান্তনুনা মহাক মশাবু য়াম্না নুংশিনা শোনবা , লুনা নীংবা অমসুং মতম পূম্নমক্তা য়াইফহন্নীংবগী অহানবা ব্রারোলশিংদুনা মোমোন নোকহনখি। মফম খঙখিদ্রবা, লাপ্নখ্রবা মীগী চিঠিনি হায়বা কাউখি, শান্তনু মনাক্তা খংনক নকশিল্লকখি, মমাঙদা চপ চপ লেপ্লে। অদুবু চিঠিগী অরোইবা শরুক্তুনা মহাক্কী থম্মোয়বু মচেৎ মচেৎ থুগাইখ্রে। অঙকপা, ইকাইবা অমসুং হঙ্গোয়বনা মশা পূন্না নিকহনখি। মরক্তুদা অশাউবগী স্বর অমসু ফি- ফি হোল্লি। মহাক মকোক ঙাওরকপদগী পুক্নীংগী ঈথক-ঈহুন

ফাথদুনা তুমিন ঙাইহাক ফল্লম্মী।

মমাগী চিঠি হাংদোকপা ঙমদনা লৈরম্বদগী বালা হন্দক্তি পাবা হৌরে। শান্তনুগী চিঠি পাউখুমদা মমানা করি হায়রক্কদৌরি খল্লুবদা মহাক প্রপ প্রপ পাথবদি ঙমদে। অপোকপী মমা ফাওবদা কল্লকপা ঙম্বা নুপীগী পুকচেলবু হৌজিকসু কাঙলূপসিদা তাইশিনফম থোকলিব্রা? মহাক মমাগী মতিক চাবী মচা নত্তে খন্না অনুতাপ তৌরম্মী। মমাগী পুকচেলবু করম্না খঙলুদে হায়না মহাক চিঠি পাবা লোইশিল্লকপা মতমদদি খোঞ্জেল থোক্লা কপখি।

বালানা চিঠি অহুম্মক হান্না লৈরম্বা ফিভমদা চেকশিন্না থল্লগা মমানা শিন্নরকপা চেশিং অমুক থিবা হৌরে। অচৌবা উপু মনুংদুদা য়াওদ্রে হাযবা মহাক য়ারে।

বালা গোদরেজগী স্তিল চেস অমা হাংদোক্লম্মী। ওম্থোকপনি, ইবাই হেক লাইনা খ্বাইগী মথক থংবা সেফ্লতা এক্স-রে, অলত্রাসাউণ্ড অমসুং অতৈ টেষ্টকী রিপোর্ট পূম্নমক য়াওরম্লে। মমানা থম্ফম ওন্ননা তাকশিল্লকপা অসিমক মহাক্কী অঙকপা খোঙচৎ অমা ওইহনখ্রে। হৌজিক মহাক পুক্নীং য়াম্না চাউখৎলকপগুম তৌই।

বালা হোস্পিতাল য়ৌরক্লে। মহাক্না হেক চঙলকপগা শকুন্তালানা পোলিথিন খাউদা মুন্না য়েংলকই।

" ইবেম্মা, কদায়দা লৈরম্বগে? " শকুন্তলা পাখৎনা হংঙি।

" ইমানা গোদরেজদা থমখিবদু ঐসু উহৌই। মথকমক্তা অদুম লৈরম্বনি। "

" ফরে, ফরে। " শকুন্তলা অশাংবা স্বর অমা হোল্লগা হায, " ডাক্তরনা অমুকসু হংলম্লবনি। "

" পিরুরগে, ইমা। "

বালানা ডাক্তরদা চেশিংদু শিন্নবম্মী। ডাক্তবনা মখোয়দু মুন্না মথং মথং য়েংলগা, অমুক হন্না পূল্লপ টেষ্ট তৌথোক্লবা খঙহল্লক্লে।

নুমিৎ নীনি লৈরগা টেষ্টকী রিজল্ট পূম্নমক য়েংলগা ডাক্তরনা

শকুন্তলাবু হোস্পিতাদগী দিসচার্জ তৌনবা চে ইরম্লে, থোইদোকপা অনাবা লৈতে। হিদাক খরা চারগা ফজখিনি হায। চাগদবা হীদাক্কী প্রেসক্রিপসনসু শিন্নরম্লে। বালা য়াম্না হবাওখি। শকুন্তলানা নুমিৎ মরি মঙানিখক্তংগা চোঙ্গনা লৈজখিগে হায়জবদা ডাক্তরশিংনা য়াখিদে। মরম অদুনা মখোয় নুমিদাংবাইরমদা য়ূম হনবা তারে।

বালাগী চিন্তা অয়াম্বা কোকপ্রে হায়বা য়াই। মহাক ইমুং-মনুংগী থবক্তা মখোঙ ওন্থোক্লা য়াংখ্রে। লাইরিক্কসু ইথা থাদোক্লদে। বি.এ. অরোইবা পরীক্ষা নকশিল্লকপগা লোয়ননা মরূপ-মপাংশিংগী শক্লদগীসু য়াম্না হৈ-শিংনা লাপথোক্লবা হোৎনরম্মী।

নোংমা নুংথিল অমা প্রিয়া শকুন্তলা উনবা লাকখি। মহাক্না লাকমিন্নবা সিফাইশিংদু মহৌশাগুম মপান্দা ফমহল্লগা মথন্তা ইমুংদা চঙলকখি। মহাক সোফাদা ফমথবগা মাযোক্লনা ফল্লিবা মমা-মচাদা মুন্না য়েংলম্মী। বালাদনি মহাক্না হন্না হন্না য়েংলিবা।

প্রিয়ানা হায়রকখি, " গমশাদু পুজরক্লে। চাংয়েং অমগীদমক লৌজখিবনি। মদুগী কান্নবা য়াম্না লৈরম্লে। "

" মসি পুখিবগী মরম খঙনবা হোৎনবদা য়াম্না ৱাজখি। " শকুন্তলা প্রিয়াদগী ফি লৌই, " হৌজিক্তি তাকপীবা য়ারগদ্রা? "

" মদুগী মরীদা ঐ পাউ অমা তমগে হায়না লাকচরিবনি। "

" তাকপীয়ু। "

বালা ঙাঙনরিবা ৱা ভাব তাদবনা মমাদা অমুক প্রিয়াদা অমুক য়েংদুনা লৈরে।

প্রিয়া মখা তাই, " শান্তনু হিংলি, শোয়দ্রবা ৱানি। "

" কদায়দা? " বালা চোংশিল্লকখি।

" মফমদি খঙদ্রি। "

শকুন্তলা অমসুং বালাগী হরাউবা, অৱাবা অমসুং চয়েৎনবনা য়োমশিল্লকখ্রে।

" চহী অহুম থিরকপদা লৈফম খঙলক্লবা শান্তনুনা হিংলি হায়বা

পাউসিবু য়েৎননিঙাই ওইদব্রা? " শকুন্তলা কয়া হৈনীংদনা হায়রকখি।

" মদু নহাক্কী ব্রাখলনি, ময়ামসু অদুম খল্লমগনি। থিরিবা কাঙবুনদি অহীংবা মীগীদমক পুক্লীং চঙলি, শিগ্ববা মীগী কেশকী মচাক্কীদমক ওইনা খন্নদে। মসি য়াবীয়ু। "

" অদুদি মহাক মশানা লোৎলিব্রা নত্ত্রগা মীনা লোৎহল্লিব্রা? মদু শেংনা হায়বা ঙমদবসি পুলিসকী অশোনবনি লৌই। "

প্রিয়া নোক্লকখি, " মশানা লোৎপনি। মরমদি মহাক অন্দরগ্রাউণ্ড ওইখ্রে। য়াম্না হকচিনবা ব্রান্টেদনি। "

শকুন্তলা অমসুং বালা ঙকমনবদগী ফন চোংখৎখিবগুম তৌই।

" করম্বা পার্টিদনো, মহাক্না য়াওরিবদি? "

" হায়বা ঙমদ্রি, মদু খঙনবনি হোৎনরিবা। "

শকুন্তলা প্রিয়াগী ব্রাদু থাজবা ব্রাৎপগুম মঙক হাইরম্মী।

বালানসু পাংশিল্লকই, " মহাক্কুম্বা মীনবু ...? "

" ঐ মরোন্দু হায়রগে, নৈনসি। " প্রিয়া শন্দোক্লা লীবা হৌই, " খূৎলাই পায়বা লালহৌলূপ অমগী মীওই খরগা লোয়ননা শান্তনু শিল্লোংদগী শিলচর তম্না লাকখি। শিলচর টাউন ময়াইমক্তা পুলিসকা মখোয়গা খূৎ থোক্লরে। মফমদুদা মহাক্কী ড্রাইবর অমসুং অতোপ্পা নুপা অমা শিখি, অদুগা মশাদি মী অনীগা লোয়ননা নাম্থোক্লুনা চেনখ্রে। মখোয়না হাইজেক্ট তৌদুনা গুৱাহাটীদগী শিল্লোং ফাওবা পুরকখিবা কার আসাম পুলিসনা খঙখ্রে, লোয়ননা ড্রাইবরদুনা শান্তনুগী মশক মওং তাকখ্রবনি। অদুগা, শিল্লোংদগী মখোয়না তোংলকখিবা কারদুগী মপুনা লক্ষীপুরদগী ওইরম্লে। নোংমৈ চিন্দোন্দা লৌখিবনি হায়বসিমসু খঙলে। নাম্থোক্লুনা চেনখিবা শান্তনু মণিপুরগী লমখৈদা চঙলক্লম্মী। মহাক অতোপ্পা নুপা অমগা লোয়নরকখি। হায়বদি, লাকখিবদু মখোয় অনীখক্তনি। মখোয়না সিংহাট তম্না লাকপনি। জঙ্গলদা লুমখিবা ইন্দিয়ান আর্মিগী কাঙবু অমনা মখোয় অনীবু ফাখি। য়াম্না ব্রাংবা চীংদোন্দা লৈবা সিফাই কেম্পতা মখোয় অনীবু বন্দী ওইনা থম্লে। মখোয়দা ব্রাহং পাউহং চৎথখি। হুম্নি শুবা

নুমিত্তা কেম্প অদুগী কেপ্তেন অমা হাৎলম্লগা মখোয় অনী নাম্বোক্তুনা চেনখিবনি। চেনখ্রিবা অনীসিগী মনুংদগী খরা ব্রাংবা নুপাদু ডা. শান্তনুনি নত্তুগা অতোপ্পা মীশক্লি হায়বা খঙদোক্লবা আর্মিগী মায়কৈদগী ঐখোয়দা তেঙবাং নিরকখি। ঐসি কেশ অসিবু থিগৎপদা য়াওনবা হোম বিভাক্লা খনবা মী ওইরে। মরম অদুনা ঐনা গমশা লৌজখিবনি। ”

শকুন্তলানা থৎলকখি,“ ফিদুদগী করি কান্নবা ফংগনি? মহাক্লা শেৎলম্বসি ঙাইহাক্তনি। নত্তুবদি, ঐ শূদোকফম থোকই। ”

“ য়াম্না কান্নখি, চেনখিবদু শান্তনুনি হায়বা মসিনা তাক্লিবনি। ”

বালা য়াওশিল্লকই, “ করম্না? ”

প্রিয়া মখা চৎথৈ, “ ঙাইখো, হায়দোকফম থোক্তবা ব্রা কয়া ঐনা নখোয়দা তমথোক্লে। নখোয়না শান্তনুগী পাউগীদমক থৌরাংবদু ঐ লোইনা খঙঙি। অদুনা মখাসু শেংনা তমগদৌরিবনি। য়েংঙু শান্তনুনা আর্মিগী কেপ্তেন্দু হাৎলগা ফক্লাংগুম ঙম্লবা লৈরাইদা খারিবা য়োৎলী তিংখং লিত্তুনা চেনখি। মদুদা মহাক্কী ফুরিৎ মচেৎ অমা য়োৎলী তিংখংদা পন্দুনা লৈহৌই। আর্মি কেম্প অদুদা মহাক্কী মিং দিলিপ কৌই হায়না শক্তাকখিবনি। লৈফম-পোকফম্বুদি চুম্না হায়রম্মী। দিলিপ অমসুং শান্তনু মীশক অমত্তনি হায়বা খঙদোক্লবা ফজনা ট্রেন তৌরবা হূইদা ফুরিৎ মচেৎপু মনম নমহল্লগা লোত্তুনা থম্বা ফি খরা থিহনখি। হূইনা ফিরক্তুগী গমশা খন্দুনা পুরকখিবনি। মসিদগী দিলিপকা শান্তনুগা মীশক অমত্তনি হায়বা খঙবগা লোয়ননা হিংলি হায়না ব্রান্টেদ লাউথোকখি।

“ চহী অনী অহুমগী মমাঙদা চেনখিবা মহাকপু হৌজিকসু হিংলি হায়বসিগী অতোপ্পা প্রামাণ খরা লৈফম থোকই। ” শকুন্তলা য়েৎলকখি।

“ মদু অচুম্বনি। শান্তনুগী মীশক লেপ্পগী থবকসি মতম য়াম্না চঙখি। ” প্রিয়া মোমোন নোক্তুনা মখা তারকই, “ ঐনা মহাকপু অসুক্কী মতিক কন্না থিখি হায়বসি থাজবীয়ু।

প্রিয়া চৎনবা থৌরাংদা হৌগৎলকখ্রে।

প্রিয়া চৎখ্রবা তুংদা মমা-মচা তন্নল্লিবা পাউসি ওইথোকপা য়াবা

অমসুং য়াদবগী মতাংদা নৈনরম্মী। ডা. শান্তনুগুম্বা মীশক্না ইনসর্জেন্ট লূপ অমদা য়াওগনি হায়বসি মখোয় থাজবা শুকঙম ঙমখিদে। মখোয়দি কেশকী মরীদগী শান্তনুনা দষা তাখিবনি হায়বসিদা অনুতাপ তৌরকখিবনি। ওন্নবা পাউ অসিনা খরা ঙক্তক থোকহল্লবসু লূম্নদি লৌরুদ্রি। অদুবু করিগুম্বা প্রিয়াগী পাউ অসিনা অচুম্বা ওইরবদি নোংমা শান্তনুগা মখোয়গা উনবগী ওইথোকপদি লৈ। মমা-মচাগী মান্নবা ৱাখলনা লমদাং অসি য়ৌরকপদা ফমফম কাদগী তোঙান তানরে, মমানা মাঙ্গোন্দা, মচানা হিপফমদা।

শকুন্তলানা খল্লম্মী — শান্তনু লাইরিক হৈবা, দায়িত্ব্য চাউবা বুদ্ধি-জ্ঞান থৌবা, পুকচেল ফবা মীশক্নি। মহাক মণিপুরদা পোকচরবসু মপানলমদা চাউখ্রবনি। মহাক্কী মহৈ-মশিংগা ভারতকী চৎনরোনগা তিনশিন্নখ্রবনি। ময়ামসিগী মথক্তা মহাক ভারত সরকারগী মনা-মথুম চারবা মীনি। ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াগী নহাশিংগী ওজা-গুরু ওইখ্রবনি। মহাক মণিপুরগা ভারতকা খল ওনবদা লূম্বা মান্নরমগদবা মাল্লি। মণিপুর ভারত্তগী খাইদোক্লবা লালহৌবদা মহাক য়াওগদবা মান্দে। অদুবু, থাজদবা অমনবা কোমদা পোরোম লৈ হায়নৈ, মহাক্কী লন্নাই পান্দম কনানা খঙগনি। শেল-থুম অমসুং ইজ্জৎকী অৱাৎপা লৈতবা মহাক্না লন্নাই করি ওইজবা থিগনি, মীয়ামগীদমক পুন্সি কৎতুনা অহেনবা করম্বা মিংচৎ তান্নীংলিবনো? মহাক পুন্সিগী মমল খঙবা, অতোপ্পশিংগী পুক্নীং ৱাহন্নীংদবা, মতম লৈবা খিবিক্তা তেঙবাংনীংবগী ৱাখল লৈবা নুপা অমা ওইরগা কান্নদবদা করিগী থৱায় অমবু হৱাওহনগদৌরিবনো? ঐঙোন্দা মহাক্কী পুক্নীংগী ৱা খরা ফোঙদোক্নুনা করিগী ফাগি শান্নরম্ফম থোকই ? ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ৱাখলনা মহাক্কী পুন্সিবু তোয়না মায়ওন হোংহনবা পুকচেল লেপ্তবা শান্তনু ওইরোই। লালহৌবগী রাজনীতি অশি-অচংগী চিঠি খেলানি। তম্বদা লুবা, লীবদা লায়বা খোঙচৎনি। ৱাখল অসি চেনবা মীনা রোমান্সকী মীৎয়েং শাল্লোই, ফমফমসু কন্নীংলোই। ময়াম অসি য়েংলগা প্রিয়ানা শান্তনু লালহৌলূপ্তা তিনখ্রে হায়বসি থাজবা ৱাৎলি।

অদুদি, মহাক করিগীদমক মীরোৎ ওইফম থোক্লিবগে? চহী অহুমসি মহাক্কী লৈফম খঙলক্ত্রে, যুগ অসিদা মীরোৎ ওইববু অরাইবা

থবক্লা? এস. পি. প্রিয়াগী ব্বারী, হূইগী চাংয়েংসি শোয়ফরোই হায়নিঙাই লৈতে। ঐখোয়গী মরমগীদমক মীওই খরনা লৌতুনরগা মহাক্কী পুন্সি মাঙহনখিবা ওইরমগনি হায়বসি ঐনা প্রিয়াদা ফোঙদোকপা ঙমদনা লৈরিবসি করিগীনো? মহাক হিংদুনা লৈহন্নীংবগী ব্বাখলনা হেনমনখিবদগী মশা সংসারদা লৈরম্লরোই হায়নীংদ্রবনি, লংলা-লংজিন অমত্তসু কাঙথোকপা ঙমদ্রে। হে ঈশ্বর! ঐগী ব্বাখল লানসনু, প্রিয়াগী ব্বাফম অচুম্বা ওইহনবীয়ুকো!

ফরে, প্রিয়াগী পাউনা অচুম্বা ওইদুনা শান্তনুনা করিগুম্বা ইখঙ খঙহৌদনা, লোন্না ইনাক্তা ফুৎ ফাওরক্লবদি করি থোক্কনি। মহাক্কী অনীংবদা অহোংবা লৈতে। ঐগী পাউখুম পীয়ু হায়ররবদি ঐনা করি খুমগনি? হৌজিকসু ঐগী চহী লেংগাগী কন্যা কয়া লুহোংনরি। অহল ওইবগী মিংদা লৈথোকপদি য়ারোই। সতী ধর্ম্ম ঙাকচনীংঙি হায়বা নত্তনা করি উপায় লৈরি? অদুদি অহীং অদু মহাকপু ঐগী ফমুংদা তূমহল্লগা ঐনা মনাক্তা করিগী হিপ্লুরি। করিগী ফোং ফোং শারবা মহাক্কী মনিলবু ইশাদা ফাওহনখ্রিবা। মদু সতী অমনা তৌফম থোকপ্রা? মহাক্কী পুন্সি কন্নীংবনা সতীগী লোনচৎ কাউখ্রবদি পূল্লপ থওইদ্রবনি হায়বদা করি লাল্লি? ঐগুম্বী পাপী অমনা সতীগী ব্বাংলবা গুণগা নকশিন্নবা শাদুনা, মদুগী মরুম থুপকে হোৎনবা ঐ ঙল্লোই। মরমদি ঐ অসতীনি। লমচৎ ঙাকপী অমনা মশাগী কান্ন-ওইজবা তানবদা অতোপ্পা নুপী অমবু ইজ্জৎ য়োল্লু হায়না ইনশিনবা হৌনদে। ঐসিবু তৌঙম্বীনি কনানা হায়রোইদগে? '

শকুন্তলা মমিৎতগী শিন্থরকপা পি লৈ য়ৌরক্লে হায়বা খঙদে। মহাক ব্বাখল ঈরোন্নুংদা লৈরি — ' লালহৌবা মীগা নক্লবগী অকিবা ফোঙদোকপা নত্তনা ঐ করি খুমগনি। পাউখুম অসিনা ইচা নুপীগীদমক ঐনা হৌদোক্লবা ব্বাফমসু কক্লবনি। মসিদা বালানা করি হায়গদৌরি? মহাক শান্তনুদা পুন্সি কৎথোক্লগে হায়গদৌরিব্রা? মদুনা মহাক্কী অরেপ্পা ওইরবদি ঐদি করম্না হিংহৌগনি। ওন্থোকপনি ঐগী লাইবক! '

শকুন্তলা ব্বাখলবু মাঙদা থোক্লবা থৌদোক্কুম লৌরুরে। ওইরোইদবদা হেঞ্জিন্না খল্লে হায়বা মশানা য়াজদুনা তপ্না হৌগৎলম্মী।

অতিয়াগী লৈচিল মপৈ মপৈনা অমগা অমগা পিকশিনবা, চাউথোকপা, য়াঙবা-তপ্পা তান্নরিবদু দারিদা লেপ্তুনা ঙাইহাক অসুম য়েংলম্মী। মহাক হান্নগী ফমফমদা অমুক ফল্লরে। প্রিয়াগী পাউনা ওৎপা তোক্ত্রি। হন্দক্তি বালাসু মহাক্কী ফমফমদা য়াওররে।

বালানা হৌদোরকখি, "ইমা ঐ প্রিয়াগী ব্রা থাজরক্লে। ওজা শান্তনু হিংলি।"

"মহাক অশি-অনাদগী লাপ্পা লৈখিসনু।" শকুন্তলা মচাগী পুক্কীং ব্রারোলদু খঙনীংবনা কোইতক হায়, "মহাক হিংলমখিবা যাই, অদুবু মীরোৎকা শঙ্গ তৌরুবদা লৈবাক মীয়াম্মা ঐখোয়বু থাগৎলোই, মহাক্কী থবক্তু শৌগৎলি হায়জবশিংফাওবনা নোক্লগনি।"

"কনানসু মহাকপু চঙজফম পীবীদ্রবসু ইমানদি মঙোন্দগী থৈদোকফম থোক্তে।"

"করিগী, লমন্দি নঙসু তোল্লিনা। সংসাবসিদগী মহাক্কী খোঙ্গুল মুৎহনখিবা থোক্লবদি ঐখোযগী মরমদগী ওইগনি হায়না নঙ তোযনা পনখি।"

"অদুবুদি ঐ হৌজিকসু হাযরি।"

"নঙগী অপাম্বা লম্বীদা মহাকপু লমজিংদুনা খুন্দা-লৈতোহনবা ঙম্বা লৌশিং থৌনাদু ইমা অমুক্তং উনীংখ্রেদা।"

"মদুগীদমক ঐবু মহাক্কা অমুক্তং উনহনবীয়ু হায়না ঐ ঈশ্বরদা তত্তনা প্রার্থনা তৌজরিবনি।"

শকুন্তলা মচাদা মুন্না য়েংলম্মী। নোংলিক চেনবা অঈংবা নুংশিৎ তত্তনা হুল্লকপদা মমা-মচাগী ব্রারী লেপ্লে। মফমদি হোংদ্রি।

ঙাইহাক ব্রাখন্দা তোঙান তারুবী শকুন্তলা ব্রাফম অমদা লাল্লকখি, "নখোয়গী কলেজগী ইক্সকর্সন চৎকনি হায়বদুবু করম্বা মতমদা লেপ্লখ্রবগে?"

"পরীক্ষা হেক হায়দোকপগা য়ুনিয়নগী জেনরেল সেক্রেটবীনা নুমিৎ লেপ্লক্লগনি।"

" অরেপ্পা নুমিৎ খঙদ্রিবনিনে? "

" ঐনা খনবদা পরীক্ষা হায়দোক্লবা মতুং হাপ্তা অমগী মনুংদা তারবা য়াই। "

" মী কয়ানো চৎকদৌরিবা? "

" য়াঙ্খেমুক ওইরমাল্লে। "

" মফমদি? "

" শিল্লোংদা হায়নখ্রে, ঈরাংসু খজিক্তং নেম্বা। গুৱাহাটী ফাওরগা চৎকদবনি। ব্রহ্মপুত্র অমসুং পাণ্ডু থোংসু য়েংবা ওইনা মফমদুদা নোংমা কোয়সি হায়নখি। ইমাসু য়াওরুসিরো, ওজা শান্তনুখোয়গী আই. আই. টি কাদু য়েংগদৌরিবনি। "

শকুন্তলা কবিমত্তা খুমদে, কান্নদবা ৱানি খল্লগা মমায় লৈথোকই। অদুবু মতমদুদা শান্তনুনা মহাক্কী ৱার্টর্সতা লৈবম্বা থোক্লবদি শোয়দনা মখোয়বু ওক্লমগনি খল্লগা মহাক তপ্না হৌগৎখ্রে।

# ২০

বালাগী পরীক্ষা হায়দোক্লে। মখোয়গী কলেজগী ছাত্রশিংনা হায়নখিবদু চুল্মী, মহাক্না ফিজিক্সতা য়ুনিবর্সিটিগী ফার্ষ্ট ক্লাস ফার্ষ্ট তারে। শকুন্তলা হরাউবনা মথূম মরাঙ হৌই। প্রিয়াদা টেলিফোন তৌদুনা খঙহনখি। পোষ্ট গ্রেজুয়েৎ তমথনবা অফবা মফম অমা তান্নসি হায়খি। প্রিয়া হরাউবা ফোংদোক্লকপগা লোয়ননা মহাক মশা খুদক্তা লাক্কনি হায়নসু খঙহল্লক্লে। ইমুংসিগী অৱা- নুংঙাইদা শরুক য়াবীরিবা মীশক অদুবু মমা মচানা ঙাইরম্মী।

নুমিদাংৱাইরম পূং মরি চপ চানা প্রিয়া লাক্লে। মহাক্কী হৌনবীদু কায়দে, লাকমিন্নবশিং মপান্দা, মহাক্না ইমুংদা। নুংঙাইবা ফোংদোকপদা লাঙলম্বা অচা-অথক মচু য়াম্না তাই। মহাক য়াম্না পেল্লে, অদুগা ঙসিদি হেন্দোক্না চীং লেম্মী।

প্রিয়া বালাদা মোমোন নোক্তুনা য়েংলগা হায়, “ ইবেম্মা বালা, অফবা ছাত্রদি ফনা অদুম চৎলগদবনি। হোৎনবদি হনবা য়াদে। হিরম খুদিংমক্তা হোৎনবা কনবগী ফমফম চাউনা খাকই। ঐগী মততি য়ুনিবর্সিটি সি দিল্লীদা তৌসি, মদুগী খুদোংচাবা খরা লৈ। ”

“ অস্তি, ইমানবু য়াবীরবদি, ঐসু খল্লিবনি। ”

“ করিগী য়ারোইদগে। অদুগা, ” মহাক শকুন্তলাদা নোক্তুনা য়েংঙি, “ নচা নুপী ঐখোয়নিগী অরোনবা ৱারী লৈরে। মমা ঙাইহাক্তং য়ারবদি ...। ”

শকুন্তলাসু নোক্লকখি, " অদুদি ঐনা চা শেম্লুবা তারেদনা।

শকুন্তলা হৌগৎখ্রে।

" করি ব্রাবীনো অন্তিগীসিবো? " বালানা হংঙি।

প্রিয়া ফাগিদা চৎথৈ, " লৈশাবীশিংগীদি ইমা-ইপাদগী হেনবা মীদগী অয়াবা লৌনবনিদো, মানবু য়াদ্রবদি লংফৈ চৎপা লুরবনি। "

" ইস! অন্তিগীসিদি। " বালা ইকাইনা নোক্লম্মী।

" ঙাইখো, যাম্না শেংনদি হায়নসি, বালা। নঙ হৌজিক শোযদনা নুংশিনবা নুপা অমদি লৈরমগনি। নঙগী নশক নতৌ, চহী মতাংসিদা যোম্লমগদবা খোইমু শঙ্গু ঐ খঙঙি। "

" কদায়দৈনোদা অন্তি, অদুগুম্বা ব্রাদুবো। "

" ওইদবা ঙাঙবদা ঙাকপীবা মতম্নি, মদুগী খুদোংচাবদি লৌগনু। নঙ ব্রাশকপা ঙম্লোইকো, করিগুম্বদসু খোয়দাজবা নুপাদা চিঠিকা ইখিদ্রি ...? "

বালা মমায় ঙাংতক খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লম্মী, " অন্তিখোয়সু অদুম তৌরকপ্রা? "

" মদুদা লোৎনদুনা করি কান্নগনি। ঐনা খনবদা নহাক্কী থম্মোয়নুংদা চেৎনা থমজবা মীশক অমদি শোয়দনা লৈরে, মঙোন্দগী অয়াবা লৌরোইদ্রা? "

" অন্তি, লৈরম্লবসু মঙলান তাখ্রবদি করি কান্নগনি। " বালা অব্রাবগী শক্লোন চেল্লি, মপূংফানা শাৎকাইবা ঙমদ্রবী লৈরাংগুম হৈনীংদবা উৎলি, " ঙসি ঐনা ফংজরিবা ইজ্জৎ খরসিগী পাউ পীগে খল্লুবা মীকুপ্তা থম্মোয়সি পুঙমদনা ব্রায়। "

" হায়বদি, নুপাদু কায়নখ্রবগীরা নত্ত্রগা পাউ য়ৌহনবা ঙমদবা মফমদা, লমদম তাম্না লৈখিবগীরা? "

" অন্তি, মরম অনীমক পূল্লে হায়বা তারে। মপোক অমগীদমক ঐনা মহাকপু বিদায় পীখ্রে। "

" অদুদি করিগীনো, নহাক্না মঙোন্দা নুংশি মৈচাক ফোংদোক্নুনা

চিঠি ইরুরিবা? মাগী পুক্লীং-ব্বাখল খঙনা ইরম্ফম থোকই। ”

“ চুস্মী, ঐ ব্বাখল থেনবী ওইখি। মহাক্কী থম্মোয়দি নুংশিবদা তাইওন্নবা, মীনা খঙবা ঙম্বগী ব্বাংমদা লৈরম্লে। ”

“ নুংশিরবী বালা, ঐখোন্দা লৌথুপ লৌকোই লৈতনা নঙগী পুক্লীংগী ব্বা তমথোকপা ঙম্বগীদমক ঐনা থাগৎলি , নঙ থৌনা লৈবীনি। ”

প্রিয়া ব্বারী লেপ্লে। প্লেত্তগী কমলা অমা লৌখত্তুনা মকু খোক্লম্মী। শকুন্তলা চা পুরক্তুনা মখোয় অনীগী মরক্তা ফম্লরে। দিল্লীদা য়াম্না থুনা চত্তুনা এদমিসন ফংহৌনবা হোৎনসি হায়বগা লোয়ননা মফম অদুদা লৈবদা চেকশিনগদবা পাউতাক কয়াদু মমাতা নত্তনা বালাসু পুক্লীং চঙনা তায়। পূংখায় অমরোম ফম্লগা প্রিয়া য়াম্না হরাউনা হনখিরম্মী।

বালানা ইক্সকর্সন চৎখিবা নুমিৎ হুম্নি শুরে। মখোয়গীদু নুমিৎ তরুক্নিগী খোঙচৎনি। য়ূমদা শকুন্তলা মথন্তা লৈবা নুংঙাইতে হায়রুবদগী প্রিয়ানা নুপী কন্সতেবল অনী থারকখি। মখোয়গা পূনবদু শকুন্তলাদা মথেল অমনি, অব্বাবা কাউই। পূংশীং খুদিং নত্ত্রবসু নোংমদা মঙারক্তি মমা-মচা মোবাইল ফোন্দা ব্বারী শান্নরি। হুম্নিশুবা নুমিৎকী নুংথিল পূং অহুম তাবা মতমদা শকুন্তলানা মচাদা ফোন তৌই। রিং চত্তে, ফাওনবা ঙমদে। পূংখায় অমগী মতুংদা অমুকসু তৌই, ফংবা ঙমদে। মঙোন্দসু ইতৌ তৌরক্তে হায়না মহাক ব্বারৌখি। মীকুপ খুদিং মচীন্দা শোল্লি – ‘ অসিবু করি অঙাংনোনে। ’

নুমিদাংব্বাইরম পূং মঙা তাবা মতমদা শকুন্তলাদা ফোন লাকই। ঙাঙলকখিবদু ইক্সকর্সন লাঙখিবা সেক্রেটরী পাখংদুনি। য়াম্না কিনা অমসুং নুংঙাইতনা পীরকখিবা পাউদুনা শকুন্তলাবু ফনা কুইনা ব্বা ঙাঙথোকপা ঙমহনখিদে। পাখংপা অমসুং কপ্পনা মহাক্কী মখা ব্বাহং ওইখি। তুংদা পাখংদুনা পাউ ময়েক শেংহন্নবা হোৎনরকই।

“ হৌজিক বালাগী লৈফম খঙদনা লৈরি। মাবু ফাখিবগী থৌদোকসি শিল্লোং পুলিসতা পীদুনা কন্না থিহল্লি। মখা পাউ কোন্না পীজরক্লগে। ”

তেলিফোন পৎ তৎখিবদগী শকুন্তলানা হন্না হন্না কৌবদা অমুক খুন্নকখিদ্রে। মহাক ফ্রিং ফ্রিং চোংঙি। অঙাওবীগুম কানুংদুদা কোইচেন চেল্লম্বদগী ৱাম্থখ্রে। লৈমিন্নবী নুপী অনীনা লায়কন্নরম্মী।

শকুন্তলা জ্ঞান খরা তারকপগা প্রিয়াদা টেলিফোন তৌরম্মী।

প্রিয়ানা খুন্নকখি, " শকুন্তলা, হৌজিকমক শিল্লোং পুলিসনা ঐঙোন্দা পাউদু পীরক্লে। ঐ লাক্কে তৌরল্লিবনি, মরোল পূন্নমক তল্লরগে। "

শকুন্তলা কপ্পদু খাম্বা ঙমখিদে, তকশিনখি, " মেদাম , য়াম্না থুনা লাকপীয়ু। "

মিনিট কুনলোমগী তুংদা প্রিয়া থুংলরে। অঙাওবীগুম চেম্থোরকপী য়ূম্বু কোন্দুনা ইমুংদা পুশিল্লগা সোফাদা ফম্মিন্নরম্মী।

শকুন্তলা কপ্পা লেপ্তে, " মেদাম, ঐ শিখিবনা হেন্না ফরে। "

" ঙাইখো, অদুক য়াম্না পাখৎলিবা করিগীনো? অফবা নয়া অমগা চেনখিবা ওইবল্লবদি নঙ ইকাইরকপসু য়াবিবনি। "

" মদুসু পামজদে, মেদাম। পাউদু অমুক্তং হায়বীয়ু, করম্না মাঙখ্রিবনো? চুম্না সিতি মীরক্তা লম্মাঙনবা ওইরম্লবদি ফৈ; অদুসু থাজদে, মরমদি মখোয় অয়াম্বনা মোবাইল ফোন পায়নরি। "

" ঐ তমগে, নহাক তপথখো। ঐ কুপ্না পাউ লৌরবনি। " প্রিয়া ঈংনা- তপ্না মখা তাই, " মখোয় ইক্সকর্সন পার্টিদু ঙসি নুংথিল হেপ্পি বেলিদা কোয়রম্মী, মখোয় কাঙলূপ-কাঙলূপ, তোখাই-তোখাই তানরে। বালা মমান্নবী তরুক্তা রেষ্টুরেন্ট অমদা কোফি থক্লম্মী। মপান্দা পেরাসোল খন্দুনা ফম্বনি। সড়ক্কী নোংপোক্লোমদা ইরাপ লাপ্পদনা মীয়াম চৎথোক চৎশিন তৌনরিবশিংদু মখোয় য়েংলম্মী। মতম অদুদা রেষ্টুরেন্টলোমদা মৈতৈ পাখং অমা প্রপ প্রপ চঙলকখি, অদুগা বালা হায়বীদু করম্বনো হায়না হংলখি। বালানা ' ঐনি, করি হায়গদবনো ' খুন্নম্মী। পাখং অদুনা মিটর চামরোম লাপ্পা খাল্লগা লৈবা বেন অঙৌবা অমদা মখূৎ থিল্লগা ' সার শান্তনু অসিদা ফম্লি, নহাকপু অমুক্তং উনসি হায়না কৌরি, খরা থুনা লাকউ, মহাক কুইনা লৈবা য়ারোই। ' হায়রম্লগা চৎখ্রে। বালা য়াম্না তয়াং তশোইখি। মহাক

ঙকপগুম, হরাউবগুম , মমান্নবী অনী হৌরগা, মরোল করিসু হায়দনা, বেন তম্মা প্রপ প্রপ চৎখিরম্মী। মহাক্লা গাড়ী মনাক য়ৌবগা থোঙ হাংদোকখ্রে। কৌবা লাকখিবা পাখংদুগা অতোপ্পা নুপা অমগনা বালাবু গাড়ী মনুংদা চিংশিনখি। নোংমৈ চীন্দোন্দা ওইবনা লৈশাবী অনী থৎপা ঙমখিদে; লাউবা হৌরকপদা গাড়ী মশক উখিদ্রে; উরক গোলাই অমদা লৈশিনখ্রবনি।

থাদরম্বা চে অমা মমান্নবীশিংনা খুন্দুনা পারুবদা ‘ নুংশিনজবা নুপানা বালা চেল্লে ’ হায়না ইরমখি। অসিনি, হৌজিক ফাওবগী পাউ। ”

“ ইস! শান্তনুনা অদুগুম্বা গুণ্ডা-ফাদাগী থবক তৌগদ্রা? ”

“ ব্রান্টেদ তারবা শান্তনুনা আসাম পুলিসতা নত্তনা মেঘালয় অমসুং অতৈগীসু ঙকহনবা হৌরবনি। ”

প্রিয়াগী মোবাইল ফোন্দা রিং লাকই। মহাক মপান থোক্তুনা ব্রারী শান্নরুই। মতম কুইরক্তে, অমুক চঙলক্লে।

“ ওন্থোকপনি ঐগী ইচাদু! ” শকুন্তলা ফুক ফুক হৌগৎলি।

প্রিয়ানা হায়রে, “ বেন নম্বরদু অশাবনি, ফাবসু ঙমদ্রি। পুলিস চেক পোষ্ট খুদিংমক চেকশিন্না শিন্নখ্রে। ”

“ শান্তনুনা নত্তে ফারিবসি! ” শকুন্তলা লাউরকখি।

“ মদুগী মরমদি? ”

“ মরমদি শান্তনুনা পাম্বা নুপী অমা লৈ। ”

“ মহাক্কী ব্রাখল হোংলম্লবদি ... ? অদুগা নুপা হায়বা জাৎসি মমিৎ য়াম্মী, অউ অউবা পাম্মী, নুপীদা চোপ্পবনি, পুকচেল ফাবা ঙম্নদে। ”

“ মেদাম, নুপা খুদিংমকপু অদুম্না উবা লাল্লি। ”

“ মখোয়গী তাৎতা নহাক্লা থাজরে। ”

“ ঐ মসিগী খুদমদা, নুপীগী ইজ্জৎপু য়াম্না ব্রাংনা থাঙ্গৎপা নুপা অনীগী মিং হায়জগে — অহানবদা, ঐগী ইপুরোইবা গম্ভীর। অনীশুবদা,. শান্তনু। ”

“ গম্ভীরবু নহাক্লা খুদম ওইনা পুথোকপা য়াই অদুবু শান্তনুগী

মতাংদদি য়ূম্ফম চেত্তে, নহাক্কা শকখঙনদুনা মরূপ ওইবগী মতম তেল্লি, মপুকচেল ফাবা ঙমখিরোই।"

"মেদাম তাইবংগী মীৎয়েং অমনা নুংগী ঈচেল পূম্নমক উনবনি। য়েংবীয়ু, মীকুপ অমা লৈমিন্নবদা চহী কুন্থ্রাগী নুংশিনবা উৎনরিবনি। মহাক নুংশিবা, ইজ্জৎ অমসুং ধর্ম্মবু য়াম্না লুনা খঞ্জবা নুপানি।

"শকুন্তলা, নহাক্না ব্রান্টেদ অমবু অদুক য়াম্না ব্রাংনা থাঙ্গৎপগীদমক ঐনা থাগৎচরি।" প্রিয়া য়াম্না লূম্না, মীৎলু পিরাং ঈহৌনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই, "হৌজিক মখা তাবা পাউগীদমক নহাক ঐগী য়ূমদা লৈরুরসি; মুন্না অমুক্তং খনবীয়ু। য়ূমসিদনা ঐগী মীশিংসি অসুম লৈহনখিসি।"

"মেদামগী থৌজালনি। ঐ করি তৌগনি, হায়ফম খঙজদ্রবনি।"

শকুন্তলা প্রিয়াগী য়ূমদা লাক্লে। হান্নসু মহাক তানফম অমদা মচাগা কা অসিমক্তা নুমিৎ মঙা-তরুক্নি লৈখ্রবনি। ঙসিদি মহাক মদোম তরক তরক, ইচিক চিক্না মচাগী পাউ ঙাইরি। মচাগী অশেংবা লৈফম খঙদ্রিফাওবা চারোই থক্রোই হায়না খাঙখ্রবদা প্রিয়ানা হন্না হন্না থেম্মী, কান্নখিদে। নুংশা য়াম্না থীনরে।

শিল্লোং পুলিসতগী ফংবা পাউ পূম্নমক শকুন্তলানা গুব্রাহাটীদা লৈবা মহাক্কী মরূপ, শান্তনুগী কেশতা মায়ওনশিল্লিবা এস. পি. দসু চিংথবা লৈতনা খঙহনখি। লোয়নননা, বালাগী খোঙ্গুল লীবদা আসাম পুলিসনসু তেঙবাংবীনবা হায়জখি। শান্তনুনা বালা চেনবনি হায়বসিনা ঈংথরুরবা কেশ অমা ফোং ফোং শাগৎহল্লে।

নুমিৎ হুম্নি হৌখ্রে। বালাগী লৈফম খঙনখিদ্রে। পুলিসনা লংলা-লংজিন অমত্তা পীবা ঙমদ্রি। পন্দুনা লৈরুবা ইন্সকর্সন পার্টি মণিপুর থোরক্লে। মখোয়গী থম্মোয় অব্রাবনা থনখি।

শকুন্তলা কপ্পনা পোৎথাফম ওইরি। প্রিয়া হায়ফম তৌফম খঙদ্রে। মহাক্কী অব্রাবাময়েং খরা তাহন্দুনা পীজ-পীথক তৌদ্রবদি হকচাংগী ফিভম ফররোই। মরম অদুনা শকুন্তলাগী ব্রাথলগী কেন্দ্র হোংহন্দুনা, থৌনা অমুক্তং

হাপকৎনবা মহাক উপায় মখল মখল থিরকপদা হংফম থোক্তবা ব্রাহং অমগীদমক শকুন্তলাগী মাঙদা ফম্লুরে। অদুবু মচীন্দগী ব্রাহং থোকহনবা ঙমদবনা য়াম্না কুইনা ফমদুনা লৈবা তাখি।

এস. পি. প্রিয়ানা শান্তনুগী লৈফম খঙবা ঙমদ্রে, বালাগী খোঙ্গুল লীফম খঙদ্রে। মহাক মায়থীরবা পুলিস ওফিসর অমনি খল্লগা নুংনাংখি, হিপফমদা তিংথোক্তুনা ব্রাখল তৌরম্মী। করি করিগুম্বা মতমদা শকুন্তলানা মচা কায়নবগী মৈচাক খাঙদুনা কপ্পকপদা মহাকসু য়াওদবা ঙমখিদে। ঙসিদি মহাক্কী মোন খরা হেন্না চোৎলে। মহাক শকুন্তলাবু অসুক্কী মতীক কল্লক্লম্মী; মমা ওইবীগী থম্মোয় অমগীদমক, কৎথোকপা অমসুং মীনুংশিগীদমক। শকুন্তলানা মচা বালাবু কয়াগী মতীক নুংশিজরিবা, মমা ওইবীশিংগী মরক্তা অথোইবা মমানি। শান্তনুগী থৌরবা মীৎনা মহাক্কী পুকচেল অসিবু উরমগনি। ফিদমদা ঙাওজবা নুপা অমনা মদুদা মকোক নোনখিবদা ঙকফম থোক্তে। শকুন্তলাবু মমা অমা ওইনা করম্না থাগৎলোইদগে, প্রিয়া কাউথোকপা ঙমদনা খন্দুনা লৈরে।

নহান নোংমসু প্রিয়ানা শকুন্তলাদা হংগে খন্না-খন্না তোকখ্রে। মৈচাকপদা ইকং লংশিনবা থোক্কনি হায়না কিখিবনি। ঙসিসু পুক্লীংনা হংনবা কন্না ইনশিল্লক্লি। নোংমদি হংদবসু য়ারোইদৌরি। অদুগী মথক্তা, মহাক্না শেংনা পাউখুম পীরক্কবদি মচাবু থিবদা মতেং ওইনবা য়ারিবনি। ব্রাখল অসিনা মহাক্কী কোক্তা কন্না নৈররে। ব্রাহং অদুনা শকুন্তলাগী মথক্তা হাপ্পুগদবা অব্রাবদু থৌশারক্লে। অশেংবা ব্রাফম খঙদোক্লবা হোৎনবা, মরী-মখোঙ লীবদা ফুনচাক্লহন্দবা হায়বসি পুলিস ওফিসরশিংগী মথৌনি। হৌজিক্তি থৌনা খোমজিনখ্রে; মহাক শকুন্তলাগী নাক্তা চঙশিল্লক্লে।

হিপ্লম্বী শকুন্তলা হৌগৎতুনা হংলকখি, “ মেদাম অনৌবা পাউ করি ফংবীরবগে? ”

“ ফংবা ঙমদে। ” প্রিয়া মায়থোং মক্লা খুম্মী, “ অঙাং অদুবু থিবদা মতেং ওইনবা, মাগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক ব্রাথোক খুদিংমক ঐ খঙবা পাম্মী। খঙদবসু য়ারক্লে। ঐ নঙোন্দা অরোন-অথুপ ব্রাহং অমা

হংজবা তারি। ৱারৌনবা য়াদে, শেংনা শেংনা হায়দোক্লসি। ”

শকুন্তলা ঙক্তক য়েংলকই, অদুগা হায়, “ মেদাম , অঙাং অদুগী নুংশিনবা, কোয়ন-শাম্নবগী ওইরবদি ইরে লৈতে হায়জনীংঙি। হোয়, শান্তনুবু মহাক্না খোয়দাজবগী মওং অমদি উজখি। ”

প্রিয়াগী চীনবান্দু খজিক্তং নোক্লগা হায়, “ অঙাং মানবো …! ”

“ অদুগা চহী অহুমগী মমাঙদা উধবকী মচা অমনা ঐখোয়গী থোঙ্গালমক্তা মাবু ফাগে হোৎনখি। নুপামচাদু লৈখিদ্রে, মেদাম্মা হেন্না খঙবীরিবদুনি। ”

প্রিয়া মঙক নোন্মী, “ অহীং অমা ঐনা নখোয় যুমদগী ফাখিবা নুপী অহুমদু মখোয়গী খূৎনেক্লি। দলীল লৌবা লাকপনি, নমদুনা নখোয়বু কেশ লৌথোকহন্নবা কিহন্নবা থৌশিলনি। মখোয়বু ওফিসতা কৌখত্তুনা ৱা কয়ারক হংগ্রে। হৌজিক মখোয়দু ঐখোয়গী মী ওইরে। উপায় অদু ফংবদগী নখোয়দা ঈংনা লৈনবা হায়বা ঙমখিবনি। ”

“ ৱাফমদু ঙসি খঙজবদা নুংঙাইজে। থাগৎচরি, মেদাম। ”

“ হৌজিক্তি, বালাগী মরমদা ঐনা খঙনীংলিবসি নহাক্না কোকহনবা ঙমগনি থাজদ্রে। ” প্রিয়া পুলিসকী মীৎয়েং-নাযেংদা চেকশিনবগী চাং খংহেন হেনগৎলকখি। “ অদুবু, ঐ নোংমদি হংদবা-থিদবা য়ারোইদৌরি। ”

শ্বাই পাখৎখিবা শকুন্তলা শাউনীংবা ফাথবদা নোকফেৎ তৌই, “ ঐ মেদামগী ৱা ভাব তাজদে। ”

“ তাক্লীংদ্রে হায়বা ঐ খঙজরে, ঙসিগীদি পোৎথারসি। ”

“ য়ারোই মেদাম, করিনো হায়বীরমখো। ” হৌগৎলকপা প্রিয়াবু শকুন্তলানা ফায়।

“ অদুদি, তাকপীরো। বালা কনাগী মচানো? ”

“ করিনো হায়বীরিবসিবো! বালা ঐগী ইচা নত্তবদি কনাগীনো! ” শকুন্তলাগী মায়থোং অশাউবনা কুপখি।

“ চুম্মী নহাক বালাগী অশেংবা মমানি। অদুবু, বালা নহাক্না

পোকপদি নত্তে। ”

“ বালাবু ইচা নত্তে হায়রকপা য়াওরব্রা? পুলিসকী ৱাঙাঙ-ৱাহংদা ওইদবা কয়া শিজিন্নবদু অপঙবীদসু তৌবীগনু। ”

“ ঐ খুৎ লোন্নজরি। বালা কনানা পোকপগে? ”

“ বালা ঐনা পোকচবনি, সংসার পূম্বা খঙঙি, সাক্ষী পীরি। ”

কপ্লীংবা খাঙলিবী শকুন্তলা ৱাম্বখ্রে। প্রিয়ানা মকোক্তা ঈশিং থাদুনা লায়কন্নবা হোৎনরম্মী। মিনিট অনীরোমগী মতুংদা শকুন্তলা মমীৎ পাঙথোরকপগা লোয়ননা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লকখি। প্রিয়াসু মপি তৈথোক্লগা মপান্দা থোকখিরম্মী। মহাক খুদকসিদা মখা তানা ৱারী শান্ননীংদ্রে।

বালাগী মরী-মখোঙ থিবগী ৱাহং-পাউখুমদা মরূপ অনী মুক্লরে। প্রিয়া মনীং থুংদ্রে খল্লুবদা শকুন্তলা চপ চানা নুংঙাইতে। মপুন্সিদা মচীন্দগী পাউখুম থোক্লরোইদবা ৱাহং অমগীদমক মহাক হেন্না হেন্না কপ্লীংখি। মহাক হকচাংগী ফিভম ফত্ত্রি, অদুবু কনা ডাক্তরদসু য়েংহল্লরোই খল্লক্লে। শকুন্তলা ময়ূমদা নোংম-নীনিদং হল্লুনীংবগী অপাম্বা তোয়না উৎলম্মী। মদুদা প্রিয়ানা থিংখিদ্রে।

প্রিয়া লাইরিক য়াম্না পাগনবা মীনি। হৈনবী অসি মঙোন্দা অঙাং ওইরিঙৈদগী অদুম চেন্নরকখ্রবনি। খজিক্তং হাঙবগা মহাক মথক্কী কাদা কাখত্তুনা লাইরিক পাবদু নুমিৎতুসু নাম্থোকহন্নীংখিদে। মহাক শকুন্তলানা হিপ্লম্ফম ফমুংদা ফল্লম্মী। মোন মখাদা অথাবা খাটা অমা থেংনরে। মথক্তা শকুন্তলাগী মিং থাই। মখাদনা ‘ মীয়াম্না পাবীনবা ’ হায়না অচৌবা ময়েক্লা ই। প্রিয়া হাংদোক্তুনা য়েংলম্মী। ৱারী মচাসু মানবা, বাইওগ্রাফীগী শকফমসু চেনবা ৱারেং তরুক তোঙান তোঙানবা মমিং থোল্লগা ইরম্মী। শকুন্তলা শৈরেং ইবীনি, লাইরিক অমা ফোঙখ্রে হায়বা প্রিয়া খঙঙি। মহাক মকোক্তগী পাবা হৌই। শকুন্তলাগী ৱাহে-ৱাতাদু ওইনম্বতা নত্তনা পানীংবা ৱারী মতাং য়াম্না য়াওরম্লে।

মথং মথং পাথরকখিবদু অরোইবা তাঙ্কক য়ৌরক্লে। মমিংনা

‘ অসুম লোৎলগে ’ থোল্লি। মমাং ব্রারীশিং অদুদি মপুরোইবগী পুক্নিনা ময়ুং কারগা মশামক্কী অমসুং অতোপ্পা নুপী অমগী নুংশি থৌদোকশিংনা লংফেন ওইরগা শাগৎপনি। অকোনবসিনা খরা তোপ্তক তাই খন্না পাথরকখি।

— ‘ মণিপুরদা, মরু ওইনা শহরগী লমদা লাইরিক হৈবী থবক তৌবী, অচৌ-অশাংশিংগী মৌশিংনা মব্রা-মপুরোইবদা ‘ তামো ’ কৌবগী চৎনবীসি অসুম শন্দোরকখি। মিংগৌ অসিদা ঐসু ইপুরোইবদা ‘ তামো ’ কৌরম্মী। ঐখোয় তামোগা ঐখোয় অনী লাজপট নগর হায়না খঙনবা দিল্লীগী মফম অমদা লৈরকপা চহী ফাবে। ঐ কন্না লায়েংবা মতম্লি।

নোংমা ঐনা হোস্পিতাল চৎপদা ইতা অমা থেংনখি। ইতা হায়বা মিংগৌসি ঐখোয় অনী কোন্না কৌনখিবনি। অহানবা থেংনবা মীকুপ্তুদি শকখঙনবা ব্রাৎপদগী ইকোই কোইনখি। কোইনবগী মরম অমসু লৈ, নুপীদু ঐখোয় তামোগা মতম অমদা নুংশিনখি হায়বদু ওইরমগদ্রা চিংনখিবনি। চুমসু চুম্লবনি। মহাকপু তামোনা কয়াগী মতীক নুংশিবগে হায়বদু ঐ খঙ্ঙি। নোংঙাল্লমদাই মীকপ থোরকপা খুদিং মমঙদা নুপীদুগা লৈমিন্নরম্বগী ব্রা তম্মী। লুহোংগদবগী লাঙলম্মীগা, মশাদু ঙমদনা উরম্মীগা, চেল্লসি হায়না তক্লম্মীগা, কপমিন্নরম্মীগা ব্রা খরদি পন্দবা নুমিৎ লৈখিদে। অহানবদদি ঐ ওইনখি, তানীংখিদে। তুংদদি নুতিগী অদুম লীহন্নীংখ্রে। তাবগী ওকপা পেনবা লৈতে, তরারক হঞ্জিনবা মতাংসু য়াওরল্লগনি।

তামোনা য়ুমদা লৈতবা নুমিৎ অমদা ঐনা ইতাবু ঐখোয়গীদা অমুক্তং কোয়থোকপীরক্লবা হায়জরম্মী। ইতাগী থম্মোয় অমসুং পুকচেল মচা নত্তে। ইতানি হায়বদা চাউথোকচৈ। মহাক তামোগা কায়নবা নুমিৎতগী অতোপ্পা নুপা অমগা নুংশি মরী থম্লবগী ব্রাখল থাদোকখ্রবীনি। ব্রাফমসি তামোনা হায়বদগী তাখিবনি। অদুক মমল য়াম্বা পোৎ অমা মঙোন্দগী নিরুবদা ঐবু ওইজ - থিবী মীশক অমা ওইনা মহাক্না লৌখিদে। মলোমগী ব্রাখল লৈবা উদে। ঐঙোন্দা অঙম্বা মতেং পীগনি হায়না ব্রাশক্লম্মী। মতাং অসি য়ৌরকপদা ঐনা মহাকপু তাইবং মীরা নক্তুগা লাইরেম্বীরা হেক হেক খল্লকখি। মহাক ঐবু নীংবা থুংহল্লগে, তাইবং মী অমনা অমদা পীবা য়াবা

মতেং পীরম্লগে খন্না ঐখোয়গীদা কোয়রকখিবা মাল্লি, য়াম্না চীং-লেম্না উই। ঐ ইতাবু হরাউনা ওকচরম্মী।

ঐখোয় অনী ফমফম কাদা ফম্মিন্নে। ঐনা লাঙজবা অচা-অথক খরা চামিন্নে। কয়াদা নুংশিখ্রবী ইতানো। ঐ মহাকপু অতোপ্পা মীশক অমনি হায়না খনবা ঙম্লমদে। ফক্লাং মিংশেলদা তারিবা ঐখোয় অনীগী শক্তম য়েংলগা মহাক তপ্না হৌগৎলকখি। নোংমসু মতৌ অসিমক্তা ঐ মহাক্কী য়ূমদা ইকাই-নুংশি য়ান্নবা অৱাবা অমা নংখ্রবনি, মদুনা পিং লাউহল্লি। ওহ্লোকপনি, ঙসিসু মহাক্না ঐবু খূৎ পায়দুনা চিংখৎতুনা মিংশেলগা মায়োক্ননা লেপমিন্নরুরে। মিংশেলদা মহাক্না ঐবু য়েংঙি, ঐনা মহাক্কী মশক। ঐখোয় অনী ৱাংবা মান্নে, ফনবা চাউবসু খেন্নদে। কুচু মান্নে। লুমাংগী খোইতক তৌবা শম ফাওবা মান্নে। মায়থোংদি ঐগীনা কোয়তক তাই, মহাক্কীনা শাংতক উই। মীৎ, নাতোন অমসুং চীনবানগী রাশি ঐদি মহাক্কীনা হেল্লি খল্লুবনি, অদুবু ইতা কল্লকপগুম হায় — ' নঙগী রাশি অসিননি তামোবু শুল্লিবসি। ইতা, নঙসি কয়াদা লাইবক ফবী ওইরিবা। য়েংঙু, ঐখোয় অনীগী শকসি কনানা হেন্না ফজবগে হায়বসি। নহাক্না মতম চুপ্পদা সেবা তৌজরিবা মহাক্কী খুয়া খাবু ঐনা মীকুপ অমা শোকপা ঙমজখিদ্রবনি, মহাক্না ঐবু চানবীরিঙৈ মতমদসু। মসিবু কৌই লাইবক। মরম অদুনা ঐ কনাবুসু ৱারৌজদে। '

ইতাদু হিক্না হিক্না ঙাঙলি। অদুবু মীৎকী পিনা লৈমায়দা তাবদি ঐগীনা হানখ্রে। করি ৱাহৈনা ঐ মাবু থেমগনি; নোংদম্বদা তাইনবা নত্তনা।

" ইতা, লাইবক থীবী ঐনা মমাঙথক্তা নহাক্কী নফমদা লানখিদে খঞ্জে। ঙসিদি ইশাগী অপাম্বা ওইজবা থিবদা লানগদৌরি। খুদোংচাবা অচেংবা তাঞ্জা য়েংদুনা লাংথাকপী ঐবু ঙাকপীয়ু। "

" ও! ইতা, ৱাখল্দু ওন্নরে, ঐনা নঙবু ৱাহল্লে। লীলাগী ফম্বাক্তা থোক্কদৌরিবী অমনা ঙাইহাক রিহার্সেল তৌবনি, ঐগীসি। ৱারৌগনু। " ইতানা ঐবু ফমফমদা অমুক পুরকখি।

পূংখায় অমরোম ৱারী শান্নরবা মতুংদা ঐখোয় অনী হৌগৎলে। ঐখোয়গী য়ূমগী ফমুং থাবা কা অনী, তোইলেৎ, চাকশঙ, থোঙ-থোঙনাউ

ইতা য়াম্না মুন্না য়েংলম্মী। মথংদা মহাক্না অমুক লাক্কদবা নুমিৎ অমসুং মতম লেপ্পরবা তুংদা ইতা হনখ্রে।

হায়নখিবা নুমিৎকী নুমিদাংব্রাইরম পূং তরুক চপ চানা ইতা য়ৌরকখি। পূং তরেৎ মখায়দা তামো ওফিস মিটিং লোইরগা হল্লক্কনি হায়না টেলিফোন তৌবকখ্রবনি। ইতাগা ঐখোয় অনী চাক প্রপ প্রপ থোংদোক্লম্মী। তামোনা পামজবা চিকন্না মপূং ওইবা এনশাংনি। রৌ অতাউবা অমসুং মোরোক মেৎপা থারগা মথেল তরুক্তি শুরে। তাঞ্জাগী মখা পোনবনি খন্নদুনা ইতা ঐখোয় অনী পূং তরেৎকী মাঙওইননা চাক চাথোক্লে, তামোবু ঙাইদ্রবনি।

হায়বকখিবা মতম চপ চানা তামো য়ৌরকই। ইতাদি খরা পিকপা কাগী ফমুংদা কাঙখল থাদুনা, মৈ মুথৎলগা হিপ্লা চঙখিবা ঙাইহাক ওইরবনি। কাদু মহৌশা ওইনা পর্দা অমনা খল্লি। চাফম অমসুং ফমফম পূল্লবা কা অদুগা থংনরিবনি।

ইমুং চঙলকপগা তামোনা হরাউনা হংলকখি, " হকচাং খরা নুংঙাইরব্রা? ঙসিদি য়াম্না হৈনীংনবু উরি। "

" হোয়, নুংঙাইরে। " ঐ নোক্কুনা খুন্মী।

তামোগী ফি হোংদোকহনবদা ঐ মঙোন্দা অনী-অহুম্লক থেংখি। ঐনা কয়া লিৎতবা অমুবা শেগা কোৎথোকপী, ঙকশম লাওবী ব্লাউজদা তামো মুন্না য়েংলম্মী। পুল্লিবা শম্বুনসু মহৌশাগা মান্নদে খনবগীরা অনীরক শুরে চিংলকখিবা। হাপ্তা অমরোমসি হকচাং ঙমদবনা মরম ওইরগা ঐ ফমুং তোঙাল্লকপনি, তামোনা ঐগী শমগী মনম নম্লক্তবনা ওইরমাল্লে, মহাক চাক চাগনি কাউবগুম ঐগী কোক্তা নাল্লকপা অনী-অহুম্লক শুরে।

তামো চাক চানবা পুখম চিংশিনবগা টেবল মচিদা লৈবা ব্রিস্কি লিক্লিদা য়েংলকখি। মহাক তোয়না থকপদি নত্তে, অদুবু মরক মরক্তা কা হেন্তক ঙাওদবসু নত্তে।

ঐনা হায়, " নহান ডাক্তরনা চারমদাইদা পেক মচা অমমম থক্ল বা এদবাইস পীরকই। লৈরুরে। ঙসিদি চানীং থক্লীংবা খরসু ফাওরক্কুনা চাং য়েংগে খন্দুনা চামচ অমা হৈরুই, য়োৎপা ঙম্বগী ব্রা লৈতে। চীন ফনা

তোয়না তেংদুনা য়েংঙি, মনম কোকপা ঙমদে। চাক চারগা ফগদ্রা খন্দুনা ঙসিদি তামো ঙাইদনা ঐনা হান্দোকখ্রবনি। ”

“ ফরবনি, ইবেম্মা, ফরবনি। সে নঙগীদু ঐ হৈনব্রা য়েংগে, হৈরক্লো। ”

ইখূৎনা য়ূ হৈদুনা ইপুরোইববু পীথকপসি পুঙ্গিদা নুমিৎতুনা অহানবনি। তামো চানা চানা গ্লাস অহুম থকখ্রে। নিশা কারে হায়বা থৌওংনা তাক্লবনি। মখূৎ ওইনা ঐবু মনাক্তা নকশিন্নবা কন্না কন্না চিংলকখি। মদুদা ঐ খাঙলম্মী।

“ কনাসু উরোইনে, ইবেম্মা। ” শকখঙদবগুম ঐঙোন্দা মহাক্না য়েংঙি।

“ খূৎকাদু শেংদোকখিসি, করিনো মওং অমনি, কনাবু নীংশিংলক্লিবনো? ” মতাং চারিঙৈদা ঐনা লক্লে।

“ হা, করি? কনানো নীংশিংগদৌরিবা ঐনা? ”

“ লৈ, লৈ, থম্মোয়নুংদা অদুম লোৎতুনা থল্লিবদু, সেকেণ্ড অমা ফাওবা কাউদনা। ”

“ অদুমদি চুম্মিহে, হৌজিকসু তাগেরো, ঙরাং অহীংগী মঙদো, ঐগী থম্মোয়সি মানা অসুম ওৎখাইদুনা লৈরিবনি। কাউবা খক ঙমদে, ঐনা মাবু কয়াগী মতিক নুংশি। ” তামো মরোল খরা খরা ফাইরে, “ অদুবু চান্নবী, নঙবুসু নুংশি, ঐগী অশেংবা থব্বায়দি নঙগীনা ওইরি। ”

তামো মফি কোম্না হৌগৎলকপদা ঐনা শেন্নে। মহাক্কী মখূৎ ঐনা তফতা শাবোন্না হামদোকপীরে। চৌকীদা ফমহল্লগা মখোঙসু হামদোকপা লোইরে, ফমুংদা পুশিন্দুনা হিপহল্লুরে।

হায়ফমদি খঙদ্রমাল্লে, তামো মখূৎ কোইরাম লাল্লকখি।

“ ঐ তোইলেৎ চৎচরুখিগে, লূখাকসু শেংদ্রিবনি। ” ঐনা হায়জবদা তামোনা তাবীখিদবা লৈত্রি।

ঐ লূখাক শেংবা লোইরগা তোইলেৎ চঙবদা মিনিট তরারোমগী মতম লৌরম্মী। কাগী মৈ পূম্নমক মুথৎলগা ঐ য়াম্না নাশোন পিক্না ইতাগী

মনাক্তা চৎলি। মহাক ফমুংদা ফম্লগা স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা মপি তৈথোক্লম্মী। মহাকপু ঐনা নম্ফুদা চিংখৎলগা তামোগী হিপফমদা থাখি। মিনিট কুনলোমগী তুংদা তোইলেৎতগী ইনাক্তা লাকখিবী ইতাগী মহুত্তা ঐনা অমুক তামোগী নাক্তা তুম্লুই।

নোংঙাল্লমদাইদা, তামো নাখোক্তুনা তুম্লিঙৈদা, মপান্দা মশম-মনা শেমখিবী ইতাবু ঙাম্থোরকপগা য়ূম মখাগী বস ষ্টেসন্দা থিংদোক্তুনা চেৎনা অমুক্তং কোঞ্জরম্মী।’

শকুন্তলাগী ৱারী লোইশিনখ্রে। ৱারী মতেক অসিনা প্রিয়াবু ফোং ফোং শাগৎহল্লি। থম্মোয়নুংদা নীংশিংবা অমনা ওৎলকখি। মহাকসু তাইবং মীনি। লৈশাবী মপূং ফাবকপদা মহাক্না লোন্না পুরকখিবা নুংশি মৈচাক, তাইবং শিন্থানা নমহৎনবা হোৎনবদা ৱাখিবদু নীংশিংলক্লি। শকখঙনবা, নুংশিনবা, ইজ্জৎ তানবা থেংখাং কযাগী থৌদোক্না পুন্সি শেমগৎলকপদা খ্বাইদগী মরু ওইবক্লিবসি কবিনো হায়না মহাক তোয়না খল্লক্লে।

প্রিয়ানা কৌরুগে খল্লিঙৈদা শকুন্তলানা হাল্লক্লে। মহাক্কী চিন্তা থোইনা মযেং তাদ্রি। অদুবু প্রিযা নে তানা ওফিস চৎপদি ঙল্লে।

শকুন্তলা মহাক্কী নোটবুক ফাক্তোক্তুনা য়েংঙি। ঙসিসু ৱারী অমা ইনবা কলম পায়খৎলম্মী। তাঞ্জাসিমক্তা মহাক্কী মোবাইল ফোন্দা কোল অমা লাকখি। অমুক্তা উখিদ্রিবা নম্বরনি। কৌরকখিবা ইমা হায়বা খোঞ্জেন্দুদি বালাগীনি। মমা-মচা কপমিন্নবদগী কুইনা ৱা ঙাঙথোকপা ঙম্লখিদে।

শকুন্তলানা হায়, “ ইবেম্মা! ইমাগী ইবেম্মা! নঙবু কদায়দা লৈবগে?

“ ইমা ঐ নুংঙাইরবা মফম অমদা লৈ। খুদোংথীবা অৱা অনা যাওজদে। ”

“ করিনো নঙনা হায়রিবসিবো? নমাবু কয়া কুইনা ৱাহনখিগদৌরি? নত্তে নঙবু ...? ”

“ তপথবীয়ু, ইমা। ঐগী চিঠি অমা ইমাগী খুৎতা থুংলরগনি। মদুদা থোকখিবা থৌদোক্কী ৱারী অমসুং হৌজিক ঐনা লৈরিবা ফিভমগী

মবমদা শুগাইনা ইখ্রবনি। চিঠি পাবা লোইবগা শেগাযদুনা মাঙহনবীখো। টেলিফোন নম্বর অসিসু মুথৎপীযু। ঐগী মবমদা কনাদসু হাযগনু, তমগনু। ইমা নচাবু ব্রাবৌগনু। থমজবগে। ”

শকুন্তলা শাউনীংমনবদগী টেলিফোন বুব থাদৈ, মচীন্দা শোল্লি — “ অসিদি কবি মতৌনো! ”

শকুন্তলা অহীং অদু তূমখিদ্রে।

# ২১

শকুন্তলা ময়ূমদা হল্লক্লে। মহাক্না মচাগী চিঠি ঙাইরকপসি মতম কুইরে। বালাগী অরোনবা পাউবু কয়া কুইনা ফুমখিগনি। ঙল্লিঙৈদা এস. পি. প্রিয়াদা ব্বারী শাদোক্তুনা, মচাবু থিদোকপদা তেঙবাংবীনবা হায়জহৌবনা ফরোইদ্রা খন্দবা নত্তে। অদুবু অঙাংনা শিখাং খাঙখ্রবদি হেন্না ফত্তবা মরী অমা লাক্কনি হায়বসু কিরম্মী। চেকশিন-ব্বাফম্না মচীনবুদি মেন্দুনা লৈরে।

নোংমা বালানা পীরকপা টেলিফোন কোলগী নম্বরদু শকুন্তলা ইশিন্দুনা থমখি। ঙসি মহাক টেলিফোন ইক্সচেঞ্জদা চত্তুনা নম্বরদুগী লাকফম থিরুই। চান্দেলদা লৈবা পি. সি. ও. অমদগীনি হায়বা তাক্লক্লে। মচা মণিপুরগী মনুংদা লৈরবনি। নোংমা মচানা মহাকপু উনবা লাক্কনি। মতমদুদা মচাবু খামগনি, থেমগনি, য়াদ্রগা মাগা লোয়ননা চংখ্রগে খল্লম্মী। অদুগা, মরক মরক্তা মহাক অসিমসু খনখি — ' মাবু ফাবা মীশিংদুনা কিহল্লগা হায়হন-ঙাঙহল্লিবা জাৎলা? '

মচাগী মশক উরক্তবনে, হিংলি হায়দোকপা য়াদবনে, অদুগী মথক্তা প্রিয়াগী মথোং-চাদবা ব্বাহং, পূম্নমকসিনা শকুন্তলাবু পোংথাফম খঙদনা ব্বাহল্লম্মী। চিন্তা কোকথোং পুদুনা তরক-তরক হিংবা পুন্সিগী অর্থ য়াওশিল্লক্তবগুম তৌরে। মতম অমসুং অব্বা মৈশানা নিংথিজবী শকফমদা খূৎ থাখ্রে। মীরক তিন্নীংবগী ব্বাখল অসুম অসুম মাঙশিল্লক্লি।

মতম কুইনা তৃম্লুবা কেশ শকুন্তলাগী মীচংদা রায় তারে হায়না প্রিয়ানা পাউ পীরক্লে। খুদোংথীবা থৌদোক অমদগী মমিৎ নামা তাঙলবা, মনাতোন তৎখ্রবা উকিল মনি এসেমব্লি মেম্বর ওইবদগী রিজাইন তৌখ্রবনি। উধবকা মরী তৎনরে হায়বা পাউসু তায়। উধবনা শেল শিংদনবা হায়র কোর্ত্তা এপিল তৌরিবদুগী কান্নবা ফংলোই হায়নরকই। পীরবা পাউ পূম্নমকসিনা শকুন্তলাবু হরাউহনবা, নোকহনবা ঙমখিদে। হোয়, তৌবীমল খঙবদি উত্তবা য়ারিব্রা? প্রিয়াগী ৱাহংনা মঙোন্দা তম্নলাই শাদুনা ইখং ইখং খংহল্লি।

নোংমা প্রিয়া লাকই, পাউ খরা লোয়নরকপা মাল্লি।

ঙসিদি শকুন্তলাগী শকফম অমসুং মায়থোং য়াংতক উই। ৱারীদসু কা হেন্না পুক্নীং লূপ্পা উদে।

প্রিয়া চৎথরকই, " শিল্লোং পুলিসকী মত মতুং ইন্না, শহর অদুদা নহা ওইরিবী নুপীশিং ফারগা য়োঙ্খোকপা গেঙ খূৎপু অমা লৈরে। মখোয়গী খূৎতা বালা তারম্লগনি হায়বসিনি। খূৎ চল্লবা নুপীশিং মখোয়না হায়বা য়াদ্রবদি হাত্তোকই, অদুগা হিংনীংবশিংনা দিল্লী, মুম্বাই, হায়দ্রবাদ অমসুং চেন্নাইনচিংবা অচৌ অচৌবা শহরশিংদা চলাইবা ওক্তবীশিংগী মরক্তা তিল্লি। মরম অদুনা, ঐনা লৈবাক অসিগী পুলিস নেটৱার্কী মতেং লৌদুনা থিবা হোৎনরি। "

প্রিয়াগী ৱারী তারগা শকুন্তলা ৱাবগী পনখৈ লানখ্রবগুম মুন্না য়েংলকই, মহাক্কী থম্মোয় কনশিনখ্রবনি।

মহাক তপ্না হায়, " মেদাম, থিবা তোকপীরো। মীফত্তশিং অদুনা হাৎলম্লগনি হায়বদা ঐ খরা হেন্না থাজরক্লে। "

প্রিয়া নুংঙাইতনা হনখি। তশেংনমক মহাক মায়থীরি। মহাক্না শকুন্তলাদা পেন্নিঙাই নত্তগা শীংথানিঙাই ওইবা তেংবাং পীবা ঙমদ্রি। শান্তনুগী লৈফম তাকপা ঙমদে, বালাগী খোঙ্গুল মুৎখিবগুম্মী। কেশ লোইশিন্দ্রি। মশাবু হম্থনা খল্লকখ্রে; শকুন্তলাগা তোয়না উননীংবগী ৱাখল মাঙশিল্লক্লে।

শকুন্তলানা প্রিয়াগী অৱাবা উই। মহাকসু তাইবং মীনি। ৱাখল-লৌশিংগী পাঙ্গলতনা লোৎতুনা লৈবা পোৎশক খুদিংমকপু পুথোকপা, ফোঙদোকপা ঙম্লবদি ঈশ্বরগী অশেংবা মশক, লৈফম উনরম্বসু য়ারে। থিগৎপগী থবক্তা ওফিসর অমা ওইনা লৌরিবা থৌদাং অদুমক থাগৎতবা ঙম্লোই, শকুন্তলা য়াম্না পেঞ্জরম্মী। মহাক্কী পুন্সিগা মরী লৈনবা থৌদোক কয়ানা পুকচেল শেংলবী মরূপ অমদা পাউখোং চন্দুনা লৈরে খল্লুরগা মহাক যাম্না ৱারম্মী।

নোংমা তাঞ্জা থোক্লুবনা, প্রিয়া অমসুং শকুন্তলা, মখোয়গী চান্নবী মরূপ ওইবী নুপী অমগী মচানুপী লুহোংবা য়াওবা লাকখি, মখোয় অনী ফম্মিন্নরম্মী। ঈশৈ হৌরমদাইগী মমা ফম্বদগী মখোয় অদুম য়াওরে। তুলসীবৃংদা খিনবা অচৌবা ঘোটকী মমাঙদা হৈরুক তাঞ্জা, পানা তাঞ্জা, দক্ষিনা থেন্দুনা ধুপ-মেক্রুক থাদুনা থাউমৈ থাঙ্গত্তুনা, অরাঙফম্না সঙ্কীর্তন হৌরমদাইদা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবদু মখোয় অনী মাঙ্গোন্দগী মুন্না য়েংলম্মী। সঙ্কীর্তন হৌগদবগী পূংয়েবা অমসুং ঈশৈ শকপশিংনা কর্তাকাবী, অরাঙফম, মাগুব মপু অমসুং ভাবকশিংদা ভক্তি তৌখ্রে। সঙ্কীর্তন হৌখ্রে, অতপ্লা পূংলোন্দনি—'খর-খর, তেন-তা, থেন, ধিন।' নুপী অনীমক্কী থম্মোয়দা ঈথক ঈপোম হৌরকই। মখোয় অনী লেঙদনা ফম্লকপনা পূং অনীগী মতুংদা লুহোংবা লোইশিন্দুনা কন্যা থিন্নবা লাঙনরকই। মতাং অসিদা নুপীগী মান্নবা থম্মোয়গী মশক হেক উৎনবনি।

শকুন্তলাগী ৱাখন্দা ঙসিগী বর-কন্যাসি শান্তনু অমসুং বালাগনি হায়না তোয়না খনখিবনা পুক্নীংগী ঈহৌ লাকশিনবা ৱাখি। প্রিয়াগীসু মতম কুইনা থম্মোয়নুদা লোৎতুনদি থমজরক্লবসু লমলানবদি ওইরিবা মাবু খৃৎচল্লনি অমদি পুন্সি লৈপূন নকশিল্লক্লে খন্না শাগৎচরুবা মঙলান মঙফাওনদনা অরেম্বা তারগদ্রা খল্লুবদা পুক্নীং মৈশা লাংলি। লুহোংবগী থৌরম অমা মপূং ফানা য়াওখিবা অসিনা নুপী অনীবু মীৎলু ঈহৌ তোয়হনগদৌরি।

বালা অমসুং শান্তনু মাঙখিবগী থৌদোক অনীনা প্রিয়া মথক্তা পোৎলূম অমনা নন্দুনা লাক্লি। মখোয় অনী মাঙখিবগী মওং খেন্নে, শান্তনু

ক্বার্টর্সতগী মথন্তা থোকখিবনি, বালানা মীয়াম মাঙদগী ফাখিবনি। অদুবু খোঙ্গুল লীফম খঙদবদি মান্নরি। মখোয় অনীগী লৈফম থিদোকপা ঙমদনা লৈরিবা অসিমক লৈবাক অসিগী পুলিসশিংগী হৈ-শিংবা ৱাৎপনি, শোঞ্জবা মতৌনি, মীনা লাকচরিবনি খল্লুরগা মহাক শান্তি ইফং ফংদ্রবনি। তেল্লবা মতমগী মনুংদা য়াম্না নক্লজবা মীশক ওইনা লৌনখ্রবা অনীবু মাঙহনখিবগী থৌশিলসি খূৎ অমত্তগী ওইফম থোকই হায়বসি মহাক্কী থাজবনি। মরম অদুনা বালাগী খোঙ্গুল লীবদা শান্তনুগী শরুক য়াওরিবনি।

মতম খরা পাউ ইচৎ চৎনখিদ্রবা তুংদা প্রিয়া নুমিৎতু মহৌশাগুম শকুন্তলাগী য়ূমদা কোয়থোরকখি। মখোয় অনীখক্তা ইমুংগী অচিকপা কাদা চা থক্লুনা ফম্মিন্নে। প্রিয়ানা শকুন্তলাদা য়াম্না নুংশিনা তোয়না তোয়না য়েংলম্মী।

প্রিয়ানা হায়, “ শকুন্তলা, ঐ নঙোন্দগী অশেংবা ৱাফম অমা খঙদনা লৈবা ঙল্লক্রে। ৱাহং অসি ঙসিসু অমুক হংবা তারে ঙাকপীয়ু। ”

“ হায়বীয়ু করিনো? ” শকুন্তলা চিংনবনা মাঙওইনরপ মায়থোং লাংশিল্লি।

“ বালাগী মমা কনানো? ” প্রিয়া থৌনা লৈনা হংঙি।

“ কনা বালা? ” শকুন্তলা ৱাহংদগী নাম্থোক্লীংঙি, অশাউবা মীনোক লোয়নৈ, “ করম্বা বালাগী ৱানো? ”

“ ঐগীসি নচা নুপী বালাগী ৱানি। মহাক্কী খোঙ্গুল লীবদা মতেং ওইনবা অশেংবা মমা খঙবা পাম্মী। ৱাহং অসিনা নহাকপু হন্না হন্না ৱ াহল্লি হায়বা ঐ খঙঙি। নহাক্লা ঐবু মরূপ অমা ওইনা মদুগী মথক্তা পোকমিন্নবা ইচিল-ইনাওমক্তি খনবীরগা পাউখুম পীবীয়ু। ”

শকুন্তলাগী মীৎলু অনীমক পিনা থূমখ্রে, খোঞ্জেলসু থক থক নিকখি, “ মেদাম, বালাবু ঐগী ইচা নত্তে কনানা হায়রবগে? ঐ নত্তবা মহাক্কী মমা অমা সংসারদা করম্না লৈগদৌরিবনো? মসি মমাঙদসু হায়জখ্রে। ”

“ ঐনা হায়রি, বালা নঙগী নচানি, অদুবু নহাক্নদি পোকপা নত্তে। ”

“ বালাবু ঐনা পোকপা নত্ত্রবা? ” শকুন্তলা কপ্না কপ্না নোক্লকখি।

" ফাগিসিনা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহন্দে, মেদাম। "

" ঐ পুলিস ওফিসরনি। নহাক্কী য়াইফনবা খল্লিবী মরূপ্নি। ঐঙোন্দগী লোৎনবা হোৎনবীগনু। মরম অমা লৈতনা ঐনা হংফম থোক্তবনি। কো-ওপরেসন পীবীয়ু, প্লিজ। "

" পুলিসশিংনা মীবু থাজগন্দবগী ৱা তোয়না ঙাঙনৈ; মদু ঐ ঙসিদি চুন্নব্রা খল্লক্লে। মেদাম্না ঐবু ৱাখল চোইহনবীদুনা বালা ইচা নত্তে হায়বদা মায় পাক্লবসু কনা অতোপ্পা মমাগী শক্তম অমা শাগৎলগা মমিং থোন্দুনা তাক্লবা লৌশিংদি লৈজদে। মঙগী ৱারীদা অশেংবা থৌদোক্লুম তস্বনা মেদামগী করি মতেং ওইনগনি? "

শকুন্তলা থম্মোয় শোক্লা কপ্লকখি। প্রিয়া অৱাবা শরুক য়ারবসু য়াম্না পেন্দনা, লৌগদবা পোৎ ৱাৎলিবগুম ঙাইদুনা লৈরম্মী। মহাক ঙসিদি শোয়খ্রে নত্ত্রগা লানখ্রে হায়নীংদে। মহাকপু শকুন্তলানা শক খঙবা ৱাৎলে খন্দুনা শাউরপ চৎনবা হৌগৎলকখি। শকুন্তলা থম্মোয়নুংগী কিশি থোক্তুনা মপি তৈথোক্লম্মী।

প্রিয়া চৎখ্রবা তুংদা শকুন্তলা য়াম্না কপখি। মোন পূমচোৎ চোৎলম্মী। মহাক্কী সংসার মুনবীখ্রবগুম ইহাঙ হাঙনা উরবদা মহাক তাইবংগা মঙলানগা খায়দোক্লবা ঙমদ্রে।

চান্নজবী মরূপ অনী পাউ ফাওনদবা থা অহুন্নোম শুরক্লে। প্রিয়াবু অরানবা তাহনখিবা ৱাফম অমগীদমক শকুন্তলা নীংঙল্লক্রে, মশাবু নীন্দা তৌই। অদুগী ইকাইজবনা মহাক হৌজিক অনৌবা পাউ হংবা ঙমদ্রবনি। পুক্নীংগী শীংনবা খরা লৈজরবসু মহাক্লা প্রিয়াগী মফমদা থস্না নুংশিজবা অমসুং থাজবদি অসুম অসুম চাউখৎলক্লম্মী। মহাক ৱাফমসি খঙদবা নত্তে, মদুদি প্রিয়ানা কান্নদবদা পাউখুম তাল্লোই। নমথাকসু কুইনা চৎনদে। অশোয়বা মেনখৎপা লুবনি। অশেংবা পাউগী লীখুন থিরিবী মরুপ অমনা হায়জবদা, মশাগী য়েংদুনা, থৌশাদনা কম্থোকখিবগী চাউখত্তবা লীচৎতা ইকাইবা পোক্লক্লে। খোইরাং-খোইশাওনবা ফাথনবা উপায় অসুম মথং মথং থিরম্মী। মমৈথংদা গম্ভীরনা মঙোন্দা য়াম্না পুক্নীং চঙনা, মরীকসু চূম্না, মশাগী পুন্সিদা য়ুম্ফম ওইরগা লীখিবা ৱারীবু মহাক্লা ইখিবদু নীংশিংলক্লে,

প্রিয়াগুম্বী খঙ-হৈবী মরূপ অমগী মীৎয়েং অমুক্তং চঙহন্নীংবগী ৱাখল লৈ। মরম অদুনা অরান- অহুই চুমথোক্লবা ঙসিসু মহাক অথাবা খাটা লৌথোক্তুনা অমুকসু হন্না পারম্মী। মদুনা মঙোন্দা অৱা-পোৎলূম অমা থাংথনবা লম্বীসু উৎলি।

— গম্ভীরগী মপা ব্লোক দিবলোপমেন্ট ওফিসর ওইরম্মী। গম্ভীর য়াম্না নৌনা মমা কায়নখি। অমুক হন্না লুহোংবগী ৱাখল থাদোকখ্রবা মপানা মচাবু য়াম্না নুংশিনা নাউকোনবীরম্মী। গম্ভীরনা ক্লাস আইট তম্লকপা মতমদা, কালেন ছুটি মনুংদা, মপানা চীংনুংগী থাপ্ল থাপ্লবা খুঙ্গং কয়াদা টুর চৎপদা পুবীরম্মী। গম্ভীর অঙাং ওইজরবসু অনৌ অনৌবা লম কয়া য়েংনীংবগী ৱাখলনা অৱাবা খঙলমদে। নোংমদি , গম্ভীর অমসুং মপা চান্দেল জিলাগী মনুং হঞ্জিন্না লৈবা খুল খরদা য়ারেক নোংফাইনা চৎলুবদগী হল্লকপা লম্বীদা কোমলাথাবী কৌবা খুল অমদা পল্লম্মী। খুল অসি থৌবাল জিলাগী পল্লেল খুন্দগী মখা পাংনা কিলোমিটর অনীরোম চৎলগা মহা তুরেল মপান্দা চীংয়াগী লমদা তাবনি। খুঞ্জাশিংদু কাঙলূপ জাতি অমত্তনি। গম্ভীরগী মপাগা খুন্দুগী খুল্লাকপা, লাইরিক হৈবা, করিগুম্বদা চর্চকী পাষ্টরসু ওইবা মীয়ায় চল্লবা নুপাদুগা মতাও শান্নে। মখোয় অনী য়াম্না নুংশিনবা মরূপ্নি। অঙাং ওইরিঙৈদা জোনষ্টোন হায়স্কুলদা লাইরিক তম্মিন্নরকখি হায়। মরম অদুনা লম্বী নক্না লৈবা খুল্লাকপগী য়ুমদুদা চঙলমদবা য়াখিদবনি। পন্দনা থৌজিনখিবা মপাগী জীপ উবগা চেম্থোরকখিবা খুল্লাকপনা মখোয়বু তরাম্না ওক্লম্মী। গম্ভীর মপাগা লোয়ননা কাংথক ৱাংনা শেমদুনা ফজনা শারবা অচৌবা য়ুমদা কাখৎলম্মী।

খুল্লাকপনা গম্ভীরখোয়বু ইমুংদা পুশিন্দুনা হায়, “ সাহেব লাকপীবা য়াম্না নুংঙাই। হৌজিক য়ুম্লোমদা নত্তুগা কদায় য়ৌখিগদৌরি ? ঙসিদি চাক চাখিদবা য়াদ্রে। এনশাংদি হাউরোই, উয়েন থোংবনি। সাহেবতি য়েন· চাদবনা মদুদা তারে। নচলনা তুরেলদগী ফারুবা ঙা খরা ঙৌসি। ইচাদি হৈনগদ্রা? ইচা নুপা অমখক্তং লৈ হায়বদু অসিনিকো? নুংঙাইনা ফম্মু, নুংশিখ্রেদা। ”

গম্ভীর মপানা খুম্মী, “ ইতাও , ৱারৌগনু, ঐখোয় চাক্তি য়ুমদা

চারুরগে। ঐ নঙবু উনরমদনা চৎখিবা ঙমদবদগী অসুম চঙলকপনিদা। ”

“ ইস! অদু য়াগদ্রা? চাক চাদনা চৎখিবা য়ারোই। থোংবা লোইরবনি। ইচানুপী ঙাইবদা ঐখোয়সু চাদ্রি। মা ঙরাং ইম্ফালদা থুংলবনি। হৌজিক য়ৌগনি। মবুংনা মাবু ককচিংদা ওকপা চৎখ্রে। ”

গম্ভীর ফক্লাংদা থেৎলিবা মখল কয়াগী শা মকোকশিং, ফজ-ফজরবা উচেকশিংগী মচীন অমসুং মতুশিংদা য়েংলম্মী। মহাক্লা চঙলুবা চীংগী য়ূমশিংদা লমশল, ইরোই অমসুং শন্দংনচিংবগী অচৌ অচৌবা শাকোক মচী থেৎপা থেংনৈ। য়াম্না নান্না লৈতেংগী মওংদা থেৎপা উবদি ইমুং অসিদনা অহানবনি। ব্বারী শান্নদুনা ফম্লম্বা য়ূম্বু খুল্লাকপা মপান্দা হরাওনা চেম্থোকখ্রে। গম্ভীরনা থোঙনাউদগী য়েংথোকখিবদা পুংকক চাউরবী, উৎমান মচুগী স্কর্ত শেৎপী, গুলাবী ফুরিৎ, মকোক্তনা অশংবা রিবোন পুনবী নুপী মচা অমা পাখং মচা অমগী তুংদা চঙলকপা উই। মখোয়না ইমুং য়ৌশিল্লপগা খুল্লাকপনা তাক্লকই, “ সাহেব, মবুংনা ওক্লুবা নচানুপী য়ৌরক্লে। ”

মবুংনি হায়বা নুপা মচাদুনা নোল্লুক্লা কৌরকই, “ ইপা, কয়া কুইরে য়ৌরকপা? ”

“ ঙাইহাক ওইরে। মচনবু নঙনা ওকপীরুব্রা? ”

“ হোয়, ইপা। ফম্বীরো। ”

মচা নুপীনা লংফৈদগী থুংলবগী নুংঙাইবা ফোংদোক্লবা অমদি অতৈ ব্বাহং পাউহংনবগী ব্বারীদা লূপ্নখিবনা ইমুংগী মী পূম্নমক মীকুপ খরদি ময়ূমদা মরু ওইবা অতিথি অমা ফন্নি হায়বা কাউনবগুম তৌই। মদুমক গম্ভীর মপা-মচানা নুংঙাইনা য়েংলম্মী।

ইমুংগী ব্বারী নেমথরকপগা খুল্লাকপনা অতিথিশিংদা চাক চানবা পাউ পীররে।

মপা মচা ইমুংগী মী মরিগা লীফাল অমদা কোয়না ফম্লম্মী। মাগী মাগী পুখম অমসুং গ্লাস মপা মপাদা চিংশিন্নৈ। পুখম মচি মচিদা খামেন অখাবা ইরোম্বা হাপ্লি। লীফাল ময়াইদা অচৌবা চিনা তেঙ্গোৎ অনী খাবৈগা

লোয়ননা থম্মী। অমনা উয়েন থোংবনি, অমনা অনফুই অমসুং তোরবোং চম্ফুৎনি। মখোয় খাবৈনা অপাম অপাম্বা কোৎথদুনা চাবা হৌরে। চাক চারিঙৈদা, অওক-ওক্তা,অহাউ-হাউত তোয়না হংনবদগী নহা অহুমগী মিংসু খঙনখ্রে। য়ুম্বু পাখং মচাদুগী মিং লুইস কৌই, অতিথি নুপামচাগীনা গম্ভীর অদুগা লংফৈদগী থুংলবী নুপীমচাদুগীনা অনিসা। মরকসিদা গম্ভীরগা অনিসাগা অনী-অহুম্লক মীৎচানখিবতা নত্তনা খৃৎকা-খৃৎকা থেংননা এনশাং হাপ্পবা খাবৈসু মুন্নখ্রবনি।

খুল্লাকপনা তাক্লকখি, “ইতাও সাহেব, ইচানুপীসি কলিকাতাদা লৈবা কনবেন্ট স্কুল অমদা ক্লাস সিক্স তম্লি। চীংমী মচা ওইবনা লাইরিক থেঙনা তম্বগী হৌনবী, মশাগা ক্লাসকা চানদ্রে, চাউবনা হানদোকখিদৌরি। ক্লাস আইট ফাওবদি মফমদুদা থম্লগা নাইন-তেন্দি খুলগী হায়স্কুলসিদা লৈহল্লগনি।”

অনিসানা গম্ভীরদা হন্দকসু ফৎ য়েংলকখি।

চাবা তোক্লে। কনানো হায়বগী খঙনীংবগা লোয়ননা তত্তনা য়েংলিবী মচন্দা লুইসনা গম্ভীর মপা-মচাবু শক তাক্লম্মী। অনিসা হান্নদগী শরূক তরা ইকাইবা হেনগৎখ্রে।

লুইসনা গম্ভীরদগী খরা হল্লবসু মখোয় মতাও শান্নহল্লে। গম্ভীর খুলসিবু, মরুওইনা, মপা খুল্লাকপগী য়ুমসিবু য়াম্না নুংশিরকখ্রে। মহাক মপাদা চৎলসি খক হায়নীংখিদে। অদুবু পূং অনীরোমগী তুংদদি মখোয় ইম্ফাল তম্লক্লে।

নোংমতং য়ৌরুবা কোমলাথাবী খুলবু গম্ভীর তত্তনা নীংশিংঙি, মমিৎতা তোয়না উই। মরম খঙদনা মহাক্কী পুক্সিগা নকশিন্নবা মফম অমা ওইনসু খল্লম্মী। স্কুল ছুটি থাবা নুমিৎশিংদা মহাক খুল অদুদা য়াম্না চৎনীংলম্মী।

মতম অসুম হৌখি। গম্ভীর পাখং মচা হায়বদু ওইবক্লে। মহাক মেট্রিক পাস তৌদুনা কলেজ কারবনি। করিগুম্বা পি. য়ু. সি. সাইন্সতা মার্ক য়াম্না ফংলবদি মপান্দা ইঞ্জিনিয়র তমহনবা হায়বসি মপাগী অপাম্বনি; ভারতকী ব্রাংমা লান্না মীরৈবাক্তা থানীংলিবনি। গম্ভীরগী আশা মপাদগী

হম্বুদে।

নোংমা কালেন ছুটি মতমদা গম্ভীর মপাদগী অয়াবা লৌরগা কোমলাথাবীদা মতাও লুইস উনবা চৎলম্মী। চহীদু শজিবু-কালেন্দা নোং মরাং কায়না চুখিবনা উপাল-ব্রাপাল মনা য়াম্না পৃংলে। কোমলাথাবী খুলগী চীংখোঙ লম্বীদা পরেং পরেং হৌবা উয়ূং পাম্বীশিংগী উরুম মরাং কায়রে। অকোয়বা চীংমায়শিংদু লম্মে চাকখি হায়বগী খুদম মাঙশিল্লকখ্রবনি। অয়ূক পৃং মাপলদা বসতগী কূমথরগা গম্ভীর মপা খুল্লাকপগী য়ূমদা পন্দনা চৎলম্মী। চহী মরিগী মমাঙদা মপাগা অমুক্তং লাকখিবা, অহোংবা কয়া উরবা খুল অসিদা মহাক হঙ্গোয়রপ মখোঙ থাংলম্মী। মপুক্লীংদদি খল্লি, মহাক্কী মতাও লুইসনা মহাকপু কউথোক্লম্লবা, নত্ত্রগা মশা য়ূমদা লৈরমদ্রবা, মীশক তাক্লবা অমদি চঙগদৌরি। লুইসপু মহাক্না মফমসিদা শকখঙনখিবা মতুংদা নোংমা ইম্ফালদা উনখ্রে। মদুসু কুইরবনি। মখোয়না খঙবীরম্লবদি ফগনি; নত্ত্রবদি ইকাইবা নংবসু য়ারি। অসুম খন্না খন্না লাকখিবা গম্ভীর খুল্লাকপগী থোঙ্গাল নকশিল্লক্লম্মী।

গম্ভীর মাঙদা য়েংলগা চপ লেপ্লম্মী। মায়োক্লনা লাকখিবী নুপী মচাদুসু চপ লেপ্লম্মী। মহাক তুরেলগী লোইরোই হাইগৎলকপা লম্বীদা কাখৎলকপনি। ঈশিং য়াওবা সনাবুল, অচোৎপা ফি হাপ্পা সম অমা নঙ্গন্দা লূম্না পুরক্লি। সম মরীনা লাইবক্তা, শাংলবা শম্লাংনা তুং-মাঙ অনীমক্তা কুপ্লিবী, অঙৌবনা ফিবান চেনবা অঙাংবা ফনেক্লা ফিদোন চিংখত্তুনা শেৎলিবী, সমগী অরূম্বনা লুরুক্লুহল্লবী লৈশাবী মচাদু ইকাইবা খাঙবদা মোমোন নোক্লকখি। তোংগানবীদুনা অনী-অহুম্লক শুরে কৌবা ঙমদবগুম গম্ভীরদা য়েংলকখিবসি। গম্ভীর নকশিনবা ঙমদে , অদুবু হংনবা থৌনাদি লাকখি।

" কৈনোমত্তং হংগে, " গম্ভীরনা হায়। " অসিবু ইতাও লুইসখোইগী য়ূম্লা? "

লৈশাবী মচাদু নোকফেৎ তৌরম্মী, অদুগা খুম্লকখি, " উম, ঐ মাগী মচন্নে। "

" ও! নঙ অনিসা! "

অনিসা মানি হায়বগুম খুল্লক্তে, খোঙদি থাংবা হৌরকখি। গম্ভীর মহাক্কী তুংদা তপ্পা তপ্পা লাকখি। মীহুন্দি দঙ দঙ হুল্লি। লৈশাবীদু সীটী কাদুনা ইমুং চঙখ্রে। গম্ভীর শুমাঙদা চপ লেপ্লম্মী। মিনিট অনীরোমগী তুংদা অনিসা অমুবা মোরে ফুরিৎ অমা লিৎলগা থোরক্লে। শেৎলিবা শংলেন ফনেক অমসুং অমুবা ফুরিৎনা মহাক্কী ঙৌরবা কুচুবু অরংবা মশেক অমা হাপখ্রে, থাজ-থবানা হেল্লোই।

অনিসানা কাংথক মপান্দা লেপ্লগা কৌখৎলকখি, " লাকপীয়ো ইবুংসু, মথক্তা ফল্লো। ইমা-ইপা লৌবুক্তগী লাক্লগনি। ইয়ান্দদি ককচিং চৎখি। নঙ করি হায়বগীরা? "

গম্ভীর যাম্না হবাওরবসু ইকাইবনা থুমহৎলম্মী। মহাক ফম্বাক মাঙ্গোন্দা কাখত্তুনা ফাল অমদা ফম্লম্মী।

অনিসা অচোৎপা মশম কংহন্নবা অকংবা ফি মচা অমনা কল্লগা হংলকখি, " ইবুংদি আ নোংমা ইপা বি. দি. ও.গা লাকপনিকো? মিংদি করি হায়ব্রা ...? কমফির ? "

" হোয়। "

" ইবুংনা ঐগী মিংবু করম্না কাউদে? "

" করিগী কাউগনি। "

গম্ভীর কাউদবগী অশেংবা মবম্দুদি হায়দোকপা ঙম্লমদে।

" অদুদি ইবুং, অদুম ফমখোকো। " অনিসা ইকাইজনা হায় , " ঐ চাক শেমখিগে। ইপাখোয়সু লাক্লগনি। "

" কৈসু কায়দে, নহাক থবক তৌরু। ঐ অশ্বাইফাও চৎথোক্লুখিগে। কোন্না অমুক চঙলকখিনি। " গম্ভীর হৌগৎলম্মী।

" কনাগীদা কোয়গেরা? সিদা চাক চাগনিকো। "

গম্ভীর থোরক্লে। মহাক মহা তুরেল খোঙনুং তম্না কূমথরম্মী। তোয়না ঈচেল হোংগনবী তুরেল মচা অদুগী লূরবা ঈশিংদা নুপা-নুপী ময়াম অমা ঈরুজবা অমসুং ফি শুনবা উঁই, হিদেন খুদিংমক্তনি। মহাক

মফম অদুদগী কাখৎলক্তুনা খুল্লক ফাওনা লাক্লগা চীংখোঙ উরুম অমদা ফল্লম্মী। নাইতোম খোঙচত্তা মহাক অসুক লাপ্পা লাকখিবগী মরম মথন্তা তোয়না তোয়না হৎজরম্মী। মঙোন্দা উনীংবা অমসুং খঙনীংবগী ঈখৌ লাংবদি ফনা য়াম্না কোকখ্রে। অদুবু হায়নীংবা ৱা ঙাঙথোকপা ঙমদবগী অৱাবদি লৈরি।

গম্ভীর কোয়না চৎপা লেপ্তে। খুন্দু য়ূম চাম্মগী মথক্তা তারমগদবা মাল্লি, লমখৈ পাক্লা শন্দোকপদি নত্তে। খুলগী নোংপোক্তা চীং, খারোমদা মহা তুরেলগা শম্নবা লৌবুক, নোংচুপ্তা তুরেল, অৱাংদা পল্লেল লৌকোল, ময়ায়মক্তা চান্দেল লম্বী, মহাক মেপ অমা ফজনা য়েকপা ঙল্লগনি। পূং অমরোম কোয়রুরবা তুংদা মহাক মপা খুল্লাকপগী য়ূমদা অমুক লাকখি।

খুল্লাকপা-খুল্লাকপী লৌবুক্তগী হল্লকপা কুইরমদ্রি। মহাক লাকই হায়বা মখোয়না খঙলম্লে। লুইসতি নুমিদাংৱাইরম হল্লক্কদবা মাল্লি হায়নরকই। খুল্লাকপনা মতাও বি. দি. ও.গী মচাবু য়াম্না নুংশিনা ইমুংদা পুশিল্লম্মী।

" ইচা নুপা, নঙ হঙ্গোইগনু। নচনসিসু শা চাদবনি। মা বঙ্গালী বামোনশিংগা কুইনা কলিকাতাদা লৈমিন্নখ্রে। মা কুমসিদি মেত্রিক থারগনি। মানা থোংবা চাক চাসি। এনশাংদি আ চীংদগী পুরকপা ঙা অকংবনি। " খুল্লাকপনা হায়।

চীংদগী পুরকপা ঙা হায়বসিদা গম্ভীর ঙক্তক য়েংলম্মী।

" ইপা, হঙ্গোইবা হায়বসি পনবীগনু। ঐনা চাবা ফংজগদৌরিবসি লাইবক ফরবনি। "

" তো-তো! —ইস! য়েংঙু, মপাগী ৱাখলগা কয়া মান্নৱা? "

গম্ভীর ইমুংগী মীশিংদুগা চাক চামিন্নরে। মহাক পেঞ্জবনা চাক-এনশাংগী মহাও ফাওবা নীংশিংলুদ্রে।

শকুন্তলা পাবা লেপ্লম্মী, মপান্দগী মামতোন্না কৌরকপা তাবদগীনি। এস. পি. প্রিয়া গেটতা লৈরে হায়রকখি। মহাক চে-কলম লোইশিল্লি। প্রিয়াবু ওকপা চেম্ছোক্লম্মী।

# ২২

কানুংদা শকুন্তলা প্রিয়াগা মায়োক্লনা ফল্লম্মী। মঙোন্দা শোযদনা মরুওইবা পাউ অমা তম্লক্লনি খন্দুনা মহাক খৌবাংনা ঙাইবদা তুমিন লৈ।

প্রিয়া তপ্না হৌরকখি, " শকুন্তলা ঐ পাউ অমা পুবকই। "

" মদুনি ঐনা খঙজনীংলিবা। " শকুন্তলা হেন্না ঙাইঙমদবা মতৌ উৎলি।

" ঐ ঙরাং মোরেদা চৎলুই। পুলিস ষ্টেসন্দা ফল্লিঙৈদা মীয়াই চল্লবা নুপা অমা চঙলকখি। মশক্তু মৈতৈগা অৱাগা খাইবোক ওইরে। নীংবা কাযবগী শকফম্নসু পিক থল্লি। মহাক শেৎপা য়ারিবা খোঙগ্রাউ অমগা ফুবিৎ অমগা নিরবনি। অহানবদা ঐ কয়া হৈনদে, ইকাই খঙদবগী লোনচৎনি খল্লগা মহাকপু তাম্থোক্লীংখি। অদুবু মহাক্কী তুকথরবা হকচাং অমসুং চঙজরকপা মীৎয়েং অদুনা ঐগী হৈনীংদবা মাঙহনখ্রে। ঐ মহাক্কী মরমদা ৱা খরা হংলম্মী। মদুগী পাউখুমদা নুপাদুনা ঐঙোন্দা মথং মথং য়াম্না তম্লকখি। মশা মৈতৈনি, য়াইরিপোক্তগীনি। চহী মরি মন্দলে জেলদা লৈরুরে। পাস য়াওদনা ম্যানমারগী খুঙ্গং খরদা চৎলুবগীদমক ফাবনি, অতৈ মরাল লৈতে। মহাকপু ফাবা নুমিৎতা শেৎখিবা ফিজোল অদুমক্তা থাদোক্লকখি। ম্যানমাব জেলগী চৎনবীনি হায়। মফি-মরোন্দু মোৎপতা নত্তনা শেগাইরে। মদু শেৎলগা ময়ূমদা হনগদবা য়াম্না ইকাইজে, অঙাওবা ওইনসু য়েংনবীরে হায়রে। মহাক তশেংনা ফি নিরবনি। মহাক মচাশিং

কৌদুনা কপ্পকখি, ঐ তুংদদি নুংঙাইরক্লে। ঐনা ও. সি. দা হায়জবদগী ফুরিৎ অমগা খোঙগ্রাউ অমগা পীখ্রে। ”

“ মেদামখোয়দি অদুগুম্বদু কোঙ্গায় কয়া থেংনরমগনি। ”

“ ঙাইখো, মখা তারকখিগে। নুপা অদুগা অতোপ্পা মৈতে নুপা অমগা পুন্না মন্দলে জেলদা লৈমিন্নরম্মী হায়। মরালসু হায়ফেৎ মান্নবা জাৎনি। অদুবু, অমদু মহাক্কা মোরে য়ৌনা লাকমিন্নখিদ্রে। মহাক্কা জেলদগী অদুম কায়নরে। মহাক ম্যানমার মচাশিংগা য়াম্না লোন্দিন্ননা উই, অয়াম্বা মতমদা মখোয়গী লোল তমদুনা লৈ। নুপাদু করম্বা মতমদগী জেলদুদা লৈরকপনো হায়বা খঙদে, অদুগা করি লমগী মৈতেনো হায়বসু তাক্লীংদে হায়। ঐনা ইহং হংলুদনা মথং মথং লীরকপা ব্রারীদা জেল মনুংদা নুপাদুগী মিং দিলিপ কৌনৈ হায়রকই। মিং মান্নদ্রবসু থারকপা শকফম শান্তনুগা নক্লবা য়াম্না লৈরে। ”

“ এ! মেদাম, শান্তনুবু মশক খঙবীব্রা? ” শকুন্তলানা থৎলকখি।

প্রিয়া মোমোন নোকই, “ মীশক অমা ভাবনা শাগৎপসি পুলিস ট্রেনীংদা য়াওরিবনি। অদুগী মথক্তা ইন্দিয়ান আর্মী অমসুং আসাম পুলিসনা শান্তনুগী ফোটোগা কোন্ননা শাওং-শাবান, কুচু কুমেন, মশক-মতৌগী মরীক চুম্বা আইদেন্তিফিকেসন ঐঙোন্দা পীরকখ্রে। অদুগা, শকুন্তলা, নহাক নীংশিংলমখিনি খল্লি, মতাং অমদা আর্মীগী মায়কৈদগী শান্তনুগী অতোপ্পা মমিং অমা দিলিপ কৌই হায়রকখিবদু ঐনা তমখ্রে। অসি নত্তবা মহাক্কী মিং কয়া অমসু লৈরম্বা য়ারিবনি। ঐনা পাউ অসি তম্লবগী মরু ওইবা ব্র াফমদি শান্তনু হৌজিক হিংলি হায়বসিনি, চাম্মদা চাম্মা চুম্লবনি। অদুগা মহাক্কী লৈফম্না ম্যানমারদা। ”

“ মেদামগী থাজবা অচুম্বা ওইরসনু। অদুবু, হংনীংলিবা ব্রাফমদি শান্তনুনা করিগীদমক মন্দলে জেলদা লৈরুগদৌরিবনো হায়বসিনি। ”

“ ব্রাহং অদুগী পাউখুম্না মহাক হিংলি হায়বগী য়ূম্ফম চেৎশিনহনগদৌরি। শান্তনু য়ু.জি.ওইখ্রে। ইন্সর্জেন্ট গ্রুপ অমগী শক্লাইবা মীশক্লি। মীরোৎ ওইনা হিংবনি, ব্রাস্টেদনি। মহাকপু ম্যানমার আর্মীনা ফাখিরম্বগী ওইথোকপা লৈ। অদুগী মথক্তা বালাবু মহাক্কী লূপ্তা

পুশিনখিবনি হায়বসি মেঘালয় পুলিসনা থাজে। ”

“ হায়বদি, ঐগী ইচা বালাসু লালহৌবা য়াওগ্রে, অসিরা মেদাম? ”

“ ওইথোকপা য়াই। ফিভম, থৌওং অমসুং থৌদোক ময়ামদগী অশেংবা লংজীন চীংথোকপসি পুলিসনা তৌই। থোইদোকপা ইথৌ অমদি শান্তনু অমসুং বালাবু থিবনি হায়বসি খঙবীয়ু। মখোয় অনীগী মাঙগী পুন্সি ৱারী খঙদবনা হেক হেক পাঙ্গল থোকহন্দে। ঐনা নঙোন্দগী তেঙবাং নিজে, অদুবু ...। ফরে , খ্বাইদা তেনশিল্লসি, ঐ অথুবা থবক খরা লৈহৌরি, য়ৌজখ্রগে। ”

মখোয় অৱাংপা খরদি লৈনরি। ভল্লবা পাউদা শকুন্তলাগী থৌশাদবা মতৌ খরদি প্রিয়ানা উখ্রবনি। মহাক ৱারৌবমক নত্ত্রবসু পেন্দবদি লৈ।

চা থকখিসি হায়বা য়াদনা প্রিয়া হৌগৎখ্রে।

প্রিয়া থিন্দোক্লুরগা শকুন্তলা মহাক্কী ফল্লমফমদা অমুক হঞ্জিল্লকখি। মহাক ৱাখন্দা কন্না উংবা হৌরে। প্রিয়াগী পাউসি মহাক কয়া লূমদে। শেম-শাদুনা তন্নবনি খন্দ্রবসু , মচানুপীগী লংলা-লংজীন পুথোকপগী শোঞ্জবা য়েংলগা শান্তনু হিংলি হায়বা শকুন্তলা থাজবা ঙম্মখিদ্রে। মসিনা মহাক্কী পুক্নীংবু নুংঙাইহন্নবা ঙমদে। মচানুপীগী মতাংন্দদি অসিমসু খল্লকখি – ‘ হিংলি, লালহৌজূপ অমদা তিনগ্রে, নৈফমদি খঙদে হায়বসি তশেং তশেং প্রিয়াদা তমথোকপনা ফরগদ্রা? ঙল্লিঙৈদা মাগী নৈফম থিদোক্লুনা অম্রাবনা থল্লবা খোঙচত্তগী কলহৌবনা অফবা থবক ওইরোইদ্রা? প্রিয়াগী ৱাখলনা চুমদুনা শান্তনু মখোয় অনী পূল্লম্লবদি ঐনা মঙোন্দগী করি তেঙবাং নিবা ঙমগনি? অহোয়নদুম লাপথোক্লবা মরী লৈরক্লবগী মরম ওইরক্কদৌরি। নুংশিবগীদমক মপুন্সি কৎথোক্লবা থৌরাংদা লৈখিবী নুজা অমনা পম্বুং য়ৌরবদা অৱা-অনা কাউথোক্লম্বা য়াই। অপাম-নুংশিগী লীপূন্না কয়ামুক চেৎনা পুনখ্রবসু ঐগী ইচানদি মমা ঐবু অসুক য়াম্না মীরায়বীফম থোক্তে, ঙমসু ঙম্লোই। নুংশি মকা তানবনা মমা ঐঙোন্দগী হেন্না লূম্বা হায়বসি ফিভম কয়াগী মখা পোল্লি। ঐবু মানা ইরায় লায়না

হুন্দোক্নুনা থল্লগা, মশানা মৈনুংদা চোংশিনবদু য়েংহনগে খনগদবী ইচাদি নত্তবনি। অদুদি, মহাক্কী খোঙথাংসি করম্বা শীংনবা লৈবদগীনো? অঙাং ব্রাখল ওইবনা লমন খুম্নবা খুৎলাই পায়রিব্রা? টেলিফোন কোল অমত্তং মঙোন্দগী লাক্লবদি থেম্বা য়াবা থেল্লগে।’

শকুন্তলা মচাগী টেলিফোন পাউ খৌরাংনা ঙাইখি, লাকপদি লৈতে। মহাক য়াম্না ওলাং-ওনশাউনা মচাগী মশক উদনা হিংলকপা চহী ফাবক্লবনি। প্রিযানসু মহাকপু কাউথোকখিবগা অমহা ওইরে। মপুনা খৌশাবীখিদ্রবা কেশকী ব্রাফমদি পল্লুদুনা কান্নরোই, ফজনা অমুক তুমথখ্রবনি। মঙোন্দা অকে-অমৌ, দেব-কর্ম্ম, মীয়াম মীরক্তা তিন্নীংবগী যাখল লৈরক্লবদা লৈকাইনসু কাউথোকপীবগুম তৌরে।

নোংমা ইথামক থাজদনা প্রিয়া নুংথিন্দা ফুৎ ফাওজিল্লকই। শকুন্তলা নুংঙাইবা পাউগী আশাদা পুক্নীং ইরাঙ লাঙখি।

প্রিয়ানা হায়রে, “ শকুন্তলা, ঐ মতম খরা মণিপুরগী মপান্দা লৈরুবা তারে, য়াম্না থুনা চৎলগনি। ”

পাউসিনা শকুন্তলাবু ব্রাহল্লি, হংলকখি, “ করি লমদনো, মেদাম? ”

“ দিল্লীদনি। দিপুটেসন্দা, হোম মিনিষ্ট্রিগী মখাদা লৈরুগদবনি। ঐ নঙোন্দা ব্রাফমসি তাক্কে লাকপনি। নহাক পুক্নীং ফাথরগা য়াম্না ঈংনা লৈবীয়ু, লৈসু লৈরি হায়বা ঐ খঙঙি। ”

শকুন্তলা য়াম্না তোন্না খুল্লকখি, “ ইশাবু হাক্তোকচবদি পাঙদবগী থবক্কি খন্না হিংজবা তারি। ”

“ নহাক নচানুপীগা নোংমা উনখিনি হায়বা ব্রাখন্দু থাদোক্কনু। ”

“ লৈফম, মরী-মখোঙ খঙখিদ্রবা, মপাউ তাখিদ্রবা ইচাদু হিংলি করম্না খনখিসিগে, মেদাম? ”

“ ঐঙোন্দা মীনমগনু, শকুন্তলা! নহাক নচাদু হিংলি হায়বা ফজনা খঙলিবনি। অদুবু, ঐনা নঙোন্দা মদু করম্বা পাউদগী খঙবগে অমদি করম্বা পুন্সি মহিংদা হিংলিবগে হায়বদি হংলোই। থাজৌ, মদু ইথন্তা খঙনবা হোৎনজবগী ঐঙোন্দা নুংঙাইজবা লৈ। মসি পুলিস ওফিসর অমদা পকপা

গুণ অমনি হায়না লৌবসু য়াই। মরম খরা লৈবদগী ঐনা চাউনা হায়রিবসিনি। অহানবদু হায়গে," প্রিয়া মায়থোং শিন্থুংনা চেকশিনবা উত্তুনা নোক্লকই, " নহাক নশাগী ধর্ম্ম ঙাকই, কি। হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনলোন ইল্লি, থাদোক্লীংদে। বালা শিগ্রে খল্লবদি মহাক্কী শ্রাদ্ধগী ব্রা নোংমতসু হৌদোক্ত্রিবা করিগীনো? ঐমক্তি নহাক্না পনখিবা তাদ্রি। "

শকুন্তলাগী মায়থোংদু উরুম লাংশিনখি। মহাকসু পঙলিবী অঙাংগুম নোক্তুনা খুম্মী, " মমা ওইবীশিংদি শিগ্রবা মচাবু হিংলি হায়না খনবা ঙম্বা জাৎনি। অশেংবা ব্রাফম খঙদনা কবম্না শ্রাদ্ধগী ব্রাফম হৌদোক্কনি? "

" নঙনা লোৎপদু ফৈ, মদুগীদমক ঐ নুংঙাইতবা তৌজদে। ঐনা নুংঙাইজদ্রিবদি নহাক্কী অব্রাবা কোকহনবা ঙমদ্রিবা অসিনি। অদুবু মতম পূন্নমক্তা ঐনা নঙবু পোকমিন্নবী ইচিন-ইনাওমক্তুম খল্লি ; নহাক্কী থবক খুদিংমক্তা পুক্লীং চঙঙি হায়বসিমদি কাউবীগনু। "

" মরম অদুনা ঐ লাইবক ফরবীনি লৌজরি। " শকুন্তলা মমিৎতগী পিরাং শিন্থরগা তপ্পা হায়রকখি, " মেদাম, ঙসিদি ঐ ব্রা অমত্তং হংজগে। ব্রারৌবীগনু। অশেংবা তাকপীয়ু। "

" করিনো, তান্নসি। "

" হৌজিক ফাওবা মেদাম্না লুহোংনবা থৌরাং তৌবীদ্রিবা করিগীনো? "

প্রিয়া খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লকখি, " থৌরাংদু মপা ওইদ্রিবননি। "

" হায়বদি, অপাম-নুংশিদা মপা থুংলদ্রি ... ? "

" শকুন্তলা, শীঙেল-লৈরাং কয়ানা চন্নফম খঙদনা লৈমন চনবা উরগা তেংথাজরিবী ঐনি। মতম খরদি নোংদম্বদা তাইনখিগে। "

"লাইবক্তদি করিগী? "

" খঙদে, পাউখুমদু ঐসু ঙাইরি। " প্রিয়া নোক্লম্মী।

শকুন্তলানা লূরবা ঈরোলনুংগী ঈচেল উনবা হোৎনরিঙৈদা প্রিয়া চৎলগে হায়রক্লে।

প্রিয়া চৎখ্রবা তুংদা শকুন্তলাবু ইকাইবগা পূল্লবা নীংঙমদবা অমনা ওৎলরে। মহাক্কীদমক ব্রাজরীবী মীশক অমগী মফমদা অরোন-অথুপ থল্লি। মদুনা করি কান্নরিবনো হায়বা ঙমদ্রবসু পুক্লীংনদি ব্রাখন্দু হোৎদনবা ইনশিল্লি। মসি প্রিয়াবু মীতোপ্পি খল্লুবগীরা? নত্তে, ব্রাফমসি মহাক য়ানীংদে। প্রিয়াবু মহাক্কা অসুক্কী মতিক নুংশিজে অমসুং ইকাই খুম্নজে। অদুবু ঐগী হায়বা কা অমা ঙাক্লবা হোৎনবদা মহাক মৈশা লাঙলিবনি খঙঙি।

প্রিয়া লাপথোকখিবা নুমিত্তগী শকুন্তলা মতু য়াম্না শোনখি, তরক তরক হিংলম্মী। খবর কাগজ , রেডিও অমসুং টি. ভি. পাউনা মহাকপু তত্তনা ওৎলি। মহাক নোংমতসু থম্মোয় মকা লাম্না নোকপা ঙমজখিদে। চীংনুং মানুং, অথাপ্পা খুঙ্গংশিংদা শহরগী ময়াইমক্তা, নুপা নত্ত্রগা নুপী, নোংমা কাংদনা হাৎন-শুনবগী পাউনা ব্রাহনবসি শকুন্তলাদনা খরা হেল্লি। সাইকুলগী লৌবুক্তা নোংমৈ মরূনা পানবদগী চহী কুন্থ্রারোমগী লেংগা ওইবা মৈতৈ মানবা নুপা অমগী অশিবা হকচাং পুলিসনা লৌখৎলগা মশক খঙদোক্লবা রিমসকী মোর্গতা থল্লি তাবদা মহাক ময়ূমদা ফমদুনা লৈবা ঙমখিদে। অকিবা অমসুং হঙ্গোইবা কয়া থাদোক্তুনা অশিবগী মশক য়েংবা চৎখি। মদুনা ফনা কুইনা মঙ-হা ইচোই চোইহনখি।

চুড়াচান্দপুরগী জিলাগী, হেংলেপ পুলিস ষ্টেসনগী মনুং চনবা উমং অমদা অশিবা মীগী শরূ পোলাং অমা লৈরম্লে হায়বা রেডিওগী পাউনা শকুন্তলাবু নুমিৎ কয়ানি ব্রাহল্লি।

ব্রাইখোং পুলিস ষ্টেসনগী মনুং চনবা পুমলেন পাৎয়াদা চহী কুল্লোম শুরবী, মশক-মতৌ ফজরবী লৈশাবী অমা মশাগী ইজ্জৎ মাঙহল্লবা তুংদা হাত্তোক্লগা হুন্দোক্লম্লে হায়না পাউ-চেশিংনা ফোঙনরকপদা শকুন্তলা অহীং কয়া তুমখিদে।

য়াইরিপোক পুলিস ষ্টেসনগী মনুং চনবা পেচি চীংখোঙদা শকখঙদবা, লালহৌলূপ ওইরমগনি চিংনবা কাঙলূপ অমগা সিক্যুরিটি ফোর্সকা খূৎ থোক্লবদা নুপা অনীগা নুপী অমগা শিরে। মখোয়দগী এ. কে. রাইফল অনী, হেন্দ গ্রেনেদ অমা ফংলে।' হায়বা পাউসি পারকপদা

শকুন্তলা নীকখিবা খঙহৌদে।

‘ কুম্বী পুলিস ষ্টেসন্দগী কিলোমিটর তরেৎলোম চৎলগা লৈবা সাগাং অমসুং ৱাঙুগী মরক্তা লৈবা লৌবুক অমদা শকখঙদবা খূৎলাই পায়বশিংনা মফম অমদগী ফাদুনা পুরকপা নুপা অমগা নুপী অমগা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাত্তোক্লন্লে। শিরবা মীওই অনীদু হৌজিক ফাওবা মশক মমিং খঙবা ঙমদ্রি। ’ অয়ুক ঙন্তা পারুবা খবরদা য়াওরম্বনি। শকুন্তলা মখোয় অনীদুগী মখা তাবা পাউ ঙাইখি, চানীং থক্লীংবা ফাওখিদে। নুমিদাং ওইশিল্লকই। পূং তরেৎ মখায়গী পাউদুনা মঙোন্দা তুজুংবা অমুক হেনগৎহনখ্রে—‘ ককচিং পুলিস ষ্টেসনগী মনুং চনবা তেকচম চীংখোঙদা লালহৌলূপ মশেল খূৎ থোক্লবদা লৈশাবী অনী য়াওনা নহা তরুক শিরে। মখোয়গী মশক মমিং হৌজিক ফাওবা খঙবা ঙমদ্রি। ’

টি. ভি. পাউনা অমুকসু নোৎশিল্লকখি, — ‘ নম্বোল পুলিস ষ্টেসনগী মনুং চনবা কাংমোং খুনগী তুরেল খোঙনুংদা লালহৌলূপ অমগী মেম্বর ওইরমগনি চিংনবা নুপী অমা শকখঙদবশিংনা নোংমৈনা কাপ্তুনা হাত্তোক্লন্লে। ’

সরকারগী সিক্যুরিটি ফোর্সকা লালহৌবশিংগা খূৎথোক্লবগী, লালহৌলূপ মশেল থেংগাইনবগী, খূৎলাই পায়বা শকখঙদবশিংনা মীচম হাৎপগী, সরকারগী সিফাইশিংনা চিংনবদগী হাত্তোকপ্রবশিংদা মরাল শীবগী অকি-তুজুংলবা পাউনা শকুন্তলাবু অনা লোয়হনখি। মহাক য়াম্না ৱানা খাঙখি।

হৌজিক্তি মীশি-মীনা, মীহাৎ-মীপুনগী পাউসি শকুন্তলানা মহৌশাগী মহৌশা ওইনা খল্লে, মহাকসু উপায় লৈত্রবা মীয়ামগী লোনচৎ তমদুনা তাবা, খাঙবা হৈনরে। নোংমগী পাউদু কদোমদা থোক্কদৌরি, অশিবগী মশীংনা কয়া, খন্না খন্না খবরগী পাউ পাবা হৌরে, রেডিও তারে। ৱাবা কুইমল্লকপদগী শকুন্তলাগী থম্মোয় কনশিল্লকখ্রে।

শকুন্তলানা মতম অসুম পাবদা মচা বালানা মাঙখিবসি চহী অমা মখায় ফারক্লে। অদুগা শান্তনুগীদি চহী মরি শুরবনি। মখোয় অনী তশেংনা

সংসার থাদোকখ্রে খঙলবদি নীংশিংবগী অব্রাববু নমথনবা মতম খোঙজেল অমদি শকুন্তলানা নংলকখ্রবনি। মফম খঙদবা চয়েৎনবা অসিনা মহাক্কী থাম্মোয়নুংদা য়েৎতুম্না থিনবগুম চৈনা অমা অসুম ফাওদুনা লৈরি।

নুমিদাং পূং তরামাথোই তারে। শকুন্তলা উরোল উরোল তূমথরুবনি। লুখুম মোন ময়াদা থম্বা মোবাইল ফোন্না হৌদোরকখি। 'হেল্লো' গী তুংদা ঙাঙলকখিবী নুপীগী খোঞ্জেন্দু মহাক খঙনবা হোৎনরম্মী।

" কনা ওইরবনো? " শকুন্তলানা হংঙি।

" ইমা, ঐ বালাগী মমান্নবীনি। "

" কনা মমান্নবী? "

" ইমা, ঐসু শক লোৎপীনি। "

শকুন্তলা খংশাউ শাউগৎলি, " শক লোৎপী! মীওৎপীশা! নমা-নপা, অহল-লমনশিং কয়া য়াম্না ৱানবমগনি হায়বা খঙদ্রবীশিংনিনে! হায়যু ..., হায়যু ...! করিনো নখোযগী পাউদু! "

" ইমা, তপথবীয়ু। ইতাগী মহুৎ শিন্দুনা ঐ পাউ অসিমত্তং পীজগে। "

শকুন্তলা খঙহৌদনা লৱাই অমুক শাৎখি, চিংনবা অমসুং অব্রাবা অনী পূল্লরে, হংখি, " মাগী করি পাউনো, মা কদায়দা লৈবগে? "

" মহাক অব্রাংবা থাক্কী ট্রেনীং ফংদুনা হল্লকখ্রে। হৌজিক ঐখোযগী অচৌবা কেম্প অমদা লৈ। দায়িত্ব চাউবা ফম পায়বী নুপীশিংগী মরক্তা মহাকসু অমা ওইরে। "

শকুন্তলানা চৈহৎখি, " করি ফম, করি দায়িত্ব? তাজনীংদে ইবেম্মখোয। কয়ামুক চাউহল্লবসু লালহৌবী নখোয়গী থৌওং ঐ পামজদে। য়াম্না থুনা লাক্লগা ঐবু হাৎলো হায়যু। নত্তে, মরক্তুদা মহাকপু ময়ূম পাল্লব্রো? "

" করি ৱানো ইমা! নচাশিংবু অদুক য়াম্না হন্থনসু লৌবীদবা ফৈ। হৌজিক্তি নচা ঐখোয়দা ৱারক ৱাতেম্বগী, ইমুং-মনুং কায়না মৈচাক্কী নত্রগা নুংশি-নুংওনগী অথেম ৱাহৈশিং তাজনবা মতম লৈত্রে। থমজরগে, ৱারৌবীনু। "

শকুন্তলা হংনীংবা, খঙনীংবা কয়া অমা ব্রাৎহৌরি। শাউনীংমনবদগী নুংশিরবী মচাদা মঙ্গল-আশীর্ব্বাদ পীবা কাউখি। করিগুম্বা কাউরমদবা থোক্লবসু মচা কায়নবগী তেংথাবা নত্তনা অতৈ ব্রারোল মচীন্দা থোরক্কদবা মান্দে।

শকুন্তলা হৌজিক লৈকংদা চোংখৎলবা লেপ্লেগুম্লে। ফ্রং ফ্রং চোংলিবনি। থব্রায়-হকচাং কম্বী খাংদা ঙৌখ্রে। মহাক মকোক্তা মখূৎ হাপ্লে। পাম্মুজরবী, নুমিৎ-থা ওইনা য়েংজখিবা নুংশিরবী মচানা মীয়াম মরক্তা তিন্দুনা হরাও মীনোক উৎলররোই। হিংনা হিংনা শেৎনরবনি। পায়না পায়না নাম্থোকখ্রবনি। মহাক পূংজা ফানা মপি কংদবা নুমিৎ মশীং য়ামশিল্লক্লে। করিগুম্বদা মহাক অঙাওবীগুম নোক্লগা শোল্লি — ‘ মমাগীদমক করি তৌরকপগে হায়বদু য়েংবা তারেদনা। ’

উকিল মনি রিজাইন তৌখিবদগী শকুন্তলাখোয় কেন্দ্রদা মরক-মীখলগীদমক নোটিশ থোকখ্রে। মরকসিদা সরকার পায়রিবা দলগী কর্ম্মী খরনা শকুন্তলাদা মীরেপ ওইনবা কন্না থেল্লম্মী। মহাক্না থবক তৌমিন্নরিবা, অচা-অথক শেম্বগী সোসাইটি মেম্বর নুপীশিংনসু মখোয় পূম্নমক কন্না ভোট খোমগনি, শোয়দনা কাহনগনি, কেন্দিদেৎ ওইয়ু হায়না কন্না তকশিনখি। মদুদা শকুন্তলা নোকখি, মঙক হাইরম্মী।

“ ঐবু রাজনীতি য়াও হায়বা, কেন্দিদেৎ ওইয়ু হায়বা, পাপী ওইরবী ঐবু হেন্না পাপী ওইহনবীরগে হায়রবা। হে ঈশ্বর! ঐবু অব্রাবা ঈপাকসিদগী অমুক্তং কনবীয়ু। ”

শকুন্তলাগী ব্রাঙাঙসি তাবদা কনানসু মঙোন্দা ভোট লেপ্পু হায়রখিদ্রে।

# ২৩

ঙসি পোষ্টমেন্না শকুন্তলাদা চিঠি অমা পীরম্মী। ডিমাপুরদগী লুসি কৌবী নুপী অমনা রেজিস্তার তৌদুনা থারকপা চিঠিনি। মথক্তা ইরকপা খূৎইদগী বালাগীনি হায়বা খঙঙি। চিঠিগী চেনা য়াম্মী। মহাক মীৎকী পিগা ইরোয়ননা চিঠি হাংদোক্লম্মী।

ইমা,

থব্বায়দগীসু হেন্না নুংশিজরবী পলেম অপোকপী, নখোঙ খুয়াখাদা খুরুমজরি। ঐনা পোক্লকপসি ইমানা অৱা-পোৎলূম পূনবা ওইরে। ঐগী অরানবা চান্মা ঙাকপীয়ু।

ইমা, ঐ খূৎলাই পায়রে। অকনবা লালহৌলূপ অমগী সিফাই ওইরবনি। ইমাগী অপাম্বগী মায়োক্তা থবক তৌরে হায়বা ঐ খঙজে। অদুবু, লমদম তামখ্রবী পলেমদগী মঙ্গল-আশীর্ব্বাদ নিদবসু ঙমজখিদ্রে। ঐগী পান্দমসি ফংনবা হোৎনবনা অশেংবা পুন্সিনি খঞ্জখ্রে। পলেম অপোকপীবু খূয়া-তুশিংনা, ঈংনা-তপ্না হিংহন্নবা হোৎনবদা খোঙফম অনী লোঙখ্ররোই, পুন্সি অসি কচ্চরগে লেপচখ্রবনি। পূন্নমক্কী য়াইফনবা খনবী নঙগীদমক মতম পূন্নমক্তা চাউথোকচনবা লম্বীদু পীনবীয়ু। থৌনা অমসুং পাঙ্গল হাপ্পীয়ু। করম্না অমসুং করিগীদমক ঐনা মীয়ামগীদমক পুন্সি কৎথোক্লবা পুকচেল চাউরবা অখঙ-অহৈ, মরূপ-মপাংশিং অসিগী মরক্তা তিনবা ফংজখ্রিবনো হায়বা ৱারীদু লীজরগে।

— ইস্নকর্সন চৎমিন্নখিবা মরূপশিং অমদি শিল্লোং পুলিসকী পাউদগী ঐখোয় খরনা হেল্লি বেলিদা কোয়বগী ৱারী তাবীরম্লগনি। মফম অদুগী রেষ্টুরেন্ট অমদা ইমান্নবীশিংগা ফল্লিঙেদা মৈতে পাখং অমনা ঐবু কৌথোক্লে। ঐ শকখঙদবা নুপা অদুবু চিংনখি। অদুবু, শান্তনু হায়বা মিংগী লাং অমদা থুরুবদগী হ্রাও-হ্রাও চৎলম্মী। ঐবু ঙাইহিরি হায়খিবা মহাক্তু গাড়ী মনুংদা লৈরমদ্রে। থৌরাংদা লৈরম্লবা নুপা মরিনা ঐবু ফারে, য়াদা ফীবুন নমদুনা বেন মনুংদা চিংশিল্লম্মী। মরূপশিংনা কনবা ঙমখিদে। মখোয় গাড়ী কন্না থৌরম্মী। শহরগী চিদাইদা, চীংগোল অমা লাল্লবা তুংদা, চাওরাক্লা পৃংখায় অমরোম নুপা অনীনা নাক-য়েৎ চপ্তুনা, অখূবা লম্বীদা লৈ লৈদুনা ঐবু পুরম্মী। মখোয়না ঐবু নাইতোম লৈবা অচৌবা য়ূম অমদা পুশিল্লম্মী। য়ূমদু অৱাংবা চেকপলনা খাজিল্লি। মী অমত্তা লৈরমদে, ইচিক চিকই। মনীং ইথং থংবা কা অমদা ঐবু পুশিল্লগা মীনুংশি য়াওদনা খোঙ-খূৎ প্লাস্তিক থৌরীনা পুনখি। লাউরুবদা কান্নগদবা লৈতে, মদু খঙবনা ওইরমগনি চীন্দি মেনখিদ্রে। নুপা অহুমদুনা ঐবু কানুংদুদা মপান্দগী শো লোন্দুনা থমখি। মখোয় মশাদি লোন্নবা কাদা লৈখ্রে, ৱা ঙাঙনবা তায়। ঐবু ওৎ-নৈগদৌরিবা ময়ামদু পরেং পরেং উরকখি। ঐ করি তৌগনি। করম্না শিসিগে খল্লম্মী। মখোয়না ঐবু করিগীদমক ফারিবগে হায়বা তাক্তে, ঐনসু হংখিদে। শান্তনুগী মিং শিজিন্নরকখিবদগী চমম্লবা খরা পোকহল্লবসু মখোয়দা ফত্তবা ৱাখল লোয়নরি হায়বা ঐ খঙলে। ঐ থৌনা খোমজিল্লি, পাখৎপা ফাথনবা হোৎনৈ। ৱাখল অমা লাকপদগী ঐ লৈমায়দা শিৎ-শিত্তুনা চৎলম্মী। ফক্লাংদা য়ানবা অপাকপা মিংশেল অদুদা নকশিল্লে। য়াম্না ৱানা ফক্লাংদা ঙারগা হৌগত্তুনা মিংশেল লৌথবা ঙল্লে। মিংশেন্দু লৈমায়দা থম্লগা খোঙপাক্লা নেৎখাইদুনা থুগাইরে। অপাকপা মচেৎ অমা শত্তুনা খুকউনা চপ্লগা খূৎকী থৌরী ককপা হোৎনরম্মী। য়াম্না ৱাবা থবক্নি, তহা তহা তৌবা য়াদে। খূৎতা অনীরক লেনখ্রে। মখোয়দু অমুক চঙলক্কদ্রা খনবদা নাবা ফাওদ্রিবনি। হোৎনবগী মায়দি পাক্লে। খোঙগী থৌরীসু থোক্লে। ঐ কাগী অকোয়বদা চত্তুনা য়েংলম্মী। নাল্লবা, পাক্লবা ফমুং অদু উবদা ঐ থক থক

নিরুস্মী।

ঐ চপ লেপ্তুনা অসুম খল্লস্মী, হৌজিক্তি নাম্ছোক্তুনা চেনখিবগী আশা উদ্রবসু ইথন্তা শিজবদি ঙম্লগনি। নাম্ছোকপা নত্তগা শিবগী উপায় খনখি, থিখি। থোঙনাউ অনীমক অকনবা য়োৎনা শাবনি। ঐ মনীংথংবদু খজিক্তং হাংদোক্তুনা য়েংলস্মী। চেকপলগা চীংগা তাইনরি। পনয়াদা হৌবা গুলমোহর অমগী মশা অনী চেকপল ৱাংমা চীংমায়রোমদা য়াম্না নেম্না হাইথরি। ঐগী মিহুল দং-দং চোংলস্মী।

থোঙ মপান্দগী লোনখ্রে। থোঙনাউ থুদেকপা ঙম্বগী ৱা লৈতে। ঐ কপ্লস্মী। থোঙনাউ হাংদোক্তুনা লাউরুবদা তাবীনবা লৈরোই। মদুনা হেন্না হেন্না অৱাবা নংহনবসু য়াই। ঐ করি তৌগনি, ফিল্মদা তৌনবগুম ইথন্তা মিংশেল মচেৎনা থিল্লগা শিজবা তারবনি। ঐ থবক্তু মায় পাক্লা পাঙথোকপা ঙম্নবা ফিল্ম খরা নীংশিংলস্মী। ফক্লাং ঘড়ীনা পূং মঙা য়ৈরক্লে। খুদাং ঘড়ীদা পূংশীং য়েংববু কাউরুরবনি। পৈসা অমসুং মোবাইল ফোন হাপ্পা বেগ ইশাগা লোয়নদ্রে। মফম খঙখিদ্রবনি। নুমিৎ তাগদবা ৱাৎশিল্লক্ত্রে, পুন্সিগী অরোইবা লানফম কুইররোই খল্লস্মী। লোয়ন-লোয়ননা ঐগী অকিবা ফনা য়াম্না হম্ছখ্রে।

অকায়বা মিংশেল মচেৎশিংগী মরক্তগী অমদি ঐগী খূৎলাই ওইনবা মোন মখাদা থল্লগা অতৈদু লোৎশিনফম থিরস্মী। মফম চাবা ফংদবদগী মোম্পাক মখাদা থম্বা তারে। থংনবা কাদগী মী খরা ৱা ঙাঙনবগী খোঞ্জেল লাকই। ঐ ফক্লাংদা না থমদুনা তারস্মী। মৈতৈলোনগী মরক থৎনা হিন্দীদসু ঙাঙনৈ। লৌশিনবদি ৱানা থোকই।

নুপা অমনা হায়, “ সার, একদম নিউ ব্রান্দ ওইনা ফংবীরগনি। মশকপু ওম্ছোক্লা ফজখ্রেদা। সাহেবকা হায়নখিবা মতুং ইন্না ঐখোয়না মাবু মখূৎ মখোঙদগী হেন্না শোকখিদে। মঙোন্দগী ঐখোয়না শেল, সনা, ঘড়ী, খুদোপ্পচিংবা অমত্তা মুন্দে। পৈসা খরগা মোবাইল ফোনগা য়াওবা বেগ অমদি অসিদা লৈরে। লমচৎ য়াম্না লূবী নুপীমচা মাল্লি, ফজনা থেম্বীয়ু, লোয়নবী ওইদুনা নুংঙাইনা পানবীয়ু। ”

মরক্তুদা ঐনা খনখি — ‘ শান্তনুনা ঐবু ফাহল্লিবসিবু ঙাওরব্রা? ’

খরা অহল ওইবা নুপা অমগী খোঞ্জেলনা খুন্নকখি, “ মাবু পুন্সি চুপ্পা ঐগী ওইনবা থেমগনি। মরুং কনবী মমাগী মমাঙদা লেন্নগনি, লমন শিংগনি। চীনবানগা চীনবানগা থেঙনরুবগীদমক মমাদুনা ঐগী মায়দা খূবাক্লা থাখি। নোংমা মমাঙমক্তা মচানুপীগা হিপমিন্নগে হায়বা ঐগী ব্রাশক লৈখিবনি। মদু থুংলগনি, নুংঙাইরে, ইনাওশা। ”

নুপাদু মকা লাম্না নোকই। খোঞ্জেন্দু শান্তনুগী নত্তে, ঐ শ্বাই লাওই।

অমনা মরক থৎলকখি, “ ফরে হৌজিক্তি ঐখোয়না মাবু সাহেবতা শিন্নরে। ঐখোয়বু নুমিৎ কয়ানিনো গার্দ তৌহনবীগদৌরিবা? মদুগী ইক্সত্রা চার্জ নোংমদা লীশীং য়াখ্রেনি। ”

“ এ! ঙসি অহীংতনি। মদুদা তেদ্রবদি নখোয়গী খূৎতা শিন্নগনি। থোকপা তৌজখ্রো। ”

অমনা ওকখি, “ দিল্লীদা নত্রুগা খা ভারতলোমদা কোঠীগীদমক য়োম্বোক্লুবদা নুপীসি বেরা য়াম্না কারক্কদবা মাল্লি; কুইনা লোয়নবসু ফরোই, য়াম্না থুনা লোইশিনখিবা তারবনি। ”

“ খঙদ্রে, মতাংদু য়ৌরক্লবদি, নখোয়গী ননীংনি। ঐ করিসু য়েৎলোই। ” অহলদুনা খুমখিরম্মী।

মখোল চাউবা নুপা অমনা শমজিল্লকখি, “ হিসাব লোইশিল্লসি, সাহেব। ”

“ লূপা লাখ অনী লৌরো। অদুগা ঐ মশকসু হান্না চুম্না য়েংখিগে। ”

“ ফাগি তাহনবীগনু, সাহেব। মসি মমল হুন্নফম কৈথেল নত্তে। হায়নখিবা লাখ মরিদগী লূপা অমা তাবা য়ারোই। অদুগা গার্দকীদমক্তদি ইক্সত্রা চার্জনি হায়জখিবদুনি। ”

মখোয় পৈসা পীনদ্রিবা মাল্লি, তুমিন লৈনখ্রে। ঐ থৌনা খবা হেনগৎলকপগুম তৌই। হৌজিক কাসিদা অহীং য়ারেকপা চঙলক্কদৌরিবসি নুপা অমখক্তনি হায়বা খঙলে। ঐ অকায়বা মিংশেল মচেৎশিং থম্ফম চারব্রা য়েংবগা লোয়ননা মোন মখাদগী মচীন তুম্বা মচেৎতু অনী অহুম্লক

খূৎপায়ফম শেল্লগা হান্নগুম চেকশিন্না থমখি। লৈমায়দা তারিবা থৌরী লৌখত্তুনা খোঙ অমসুং খূৎ পুনবা মান্না য়েৎশিল্লম্মী।

মদুগী তুংদা ঐ য়াম্নসু কিবা মান্নবা কাঙখদা চঙলম্মী। কাদু ইমম মম্মী।

থোঙ হাংদোরক্লে। হৌজিক ট্যুব ঙাল্লকপদা উখিবদু নুপা মঙাগী মখোঙনি।

অমনা হায়, " সার, য়েংবীরো। কাঙখদা লৈরে। মীশক চুন্নবদি শেল পীবীরো। ঐখোয় থোকচখ্রগে। "

নুপা অমা নোম্বদুনা য়েংলকখি , টোর্চকী মঙান্দা ঐ মীৎ ইথক থক্কৎপনা মহাক্কী মশক উবা ঙমদে। মখোয় শেল থীনখ্রে।

নুপা অহুম থোকখ্রবা তুংদা লৈহৌবদুনা থোঙগী বোল্ট লোনশিল্লুরগা ঐবু কাঙখদগী চিংথোক্লম্মী। ঐ মঙোন্দা য়েংলমদে।

নুপাদুনা হায়রকই, " কিগনু, ঐ লাক্লে, চুম্না ফম্মু। থৌরী লৌথোকপীগে। "

ঐনা খোঞ্জেন্দু তাখ্রবগুম তৌই হায়না য়েংলুবদা উকিল মনি ওইরম্লে। ঐগী থম্মোয়নুংদা কিবগী মহুত্তা অশাউবনা থল্লে। অদুগা লোয়ননা তুকচ্চবা, হঙ্গোয়বসু য়াম্না পোকখি। ইমাবু মহাক্না করিসু ওইদনা ঙাঙখিবদু ঐ তাবা ঙমখিদবনি, চপ চানা থেংনরগে খনখি; মাবু শক খঙদবা শারম্মী।

মনিনা থেল্লকখি, " বালা, নঙ ঐবু হৌজিকসু খঙদ্রিব্রা? ঐ মন্ত্রী মনিনে। নঙবু উবা নুমিৎতগী ঐ নঙগী অপাম-নুংশিদা, অদুগা ঐগী ওইজনীংবা ৱাখন্দা ঙাওদুনা লাক্লবনি। ইলেক্সনগী মতমদা নঙগা নকশিন্নবা ঙম্নবা কন্না হোৎনরুই। নখোয় নমা-নচানা লাপথোকখি। ঐ খাঙখি, চাক্লা চাক্লা। মনিগী লাইবক ফত্তে করম্না হায়গনি, হৌজিক্তি লৈমিন্নবা ফংজগদৌরে। সে, সে, ঐ লৌথোকপীরগে সে। এ! পূনবু পুনবীমরমদ্রবা জাৎনি। নতৌসিদবু কনানা নুংশিরোইদগে। "

মনিনা খূৎ-খোঙ অনীমক্কী থৌরী লৌথোক্লে। মহাক্না ঐগী

পাম্বোম অনী পায়দুনা চিংখৎলগা হিপফমদা ফমহন্নবা হোৎনরকই। ঐ মাবু ইম্বোক্লগা ফক্লাংদা ঙাদুনা লেপ্লম্মী।

কান্নরোই খঙলবসু ঐ মঙোন্দা হায়জখি, " অঙ্কল, ঐসি নচাগুম্বনি, মৈতৈ নিঙোলনি। অঙ্কলদি লৈবাক্কী মপী-মপা, ঐখোয়বু ঙাকপী শেনবীরিবা মন্ত্রীনি। করিগীনো ঐঙোন্দা অসিগুম্বা শাজৎ উৎপিরিবা? ইকাইজে।

" অদুনিদো, য়েংঙু ঐনা পাম্লিবসি, মৈতৈ নিঙোল তনৌ তনৌরিবী, নুংশি ব্রায়থুংনদ্রিবী, শকহেনবী নঙগুম্বী। ময়াং পামদে, মীজাতিগী নুপী ঐগী ওইনীংলুদে। নঙবুতনি পুন্সি চুপ্পা পূজা তৌগে খঞ্জরিবা। নুংশিবদা নহা অহলগী ব্রা থিনদবনি। অদুগা য়েংঙু, ঐ হনুদ্রিবনি। নঙগীদমক মতম কুইনা শয়েঙ তিংবা ঙমখিগনি, অব্রাৎপা অমত্তা লৈহন্দনা। নঙ ঐনা হায়জবা য়াবীয়ু। কয়া লুজদবা থৌওং অমদা নুংশি পস্থুং তান্নবা হোৎনখ্রে, নুংশিমনবদগী। মদুগীদমক ঐবু ব্রারৌগনু, শাউগনু। ঐসি নঙগীনি হায়না খনবা ঙম্নবা অমুক্তং হোৎনৌ। "

মনিতা নত্তনা ফক্লাংদা থেৎলিবা লাই-ফোটোশিং অদুনসু ঐঙোন্দা তম্নালাই ওন্দুনা কিহল্লপগুম তৌরি। কন্না হুন্লিবা ফেনগী গুক গুক হায়বা খোঞ্জেলনসু করেম্নরক্লি। ঐবু মাগী ওইগদৌরিবা! মতু মচা লৈবা মানা ইমাবুসু উশিৎখিদে, হৌজিক্না ঐঙোন্দা।

পাপীদুনা তকশিল্লকই, খুজেং পায়দুনা ঐবু হিপফমদা চিংশিন্নবা হোৎনৈ। ঐ শাউনীংবা খাঙবদা য়াম্না ব্রারবনি, পাঙ্গল চাংয়েংনরসিরা খল্লকখি। ঐনা মহাকপু লৈমায়দা হাইহৎপগী খুদোংচাবদি য়াম্না ফংলে, অদুবু গার্দশিং অদু নীংশিংদবদি ঙমখিদে। মানা কা হেন্দা হেঞ্জিল্লক্লবদি ঐ মখোয়বুসু কাউথোকপা তাবনি, অদুগা, মতমদুদা ঐগী খূৎলাইনা মিংশেল মচেৎনি — লাম্বেংননবা, শিজনবা। মনি শউনগী বেগতগী য়ু লীক্লি অমা লৌথোকখি। মদু মখুম হাংদোক্লুনা তপ্না তপ্না থক্লগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলম্মী।

" অঙাং, নঙ ভাব তাজৌ। নঙনা শাউরগা, নিঙাই তৌরগা

শীংনবগী ব্রাখল লৈরবদি অব্রাবা য়াম্না নংগনি। কান্নরোই, ঐগী অপাম্বা থুংহন্দবসু ঙম্লোই। ঐগী ওইগদৌরিবী নঙবু মখোয় মরিগী মাঙদা ফান্ন-পুন্নবা, নমজা-নমথেক্লদুনা অকন-অরঙ শীংবা ঐ পামদে। হায়নবা য়াদনা কা হেল্লবদি ঐ মখোয়দা পীথোক্কনি। নুমিৎ কয়ানিনো মখোয় মরিনা নঙবু মচেৎ মচেৎ চাগদবসি। মপুক থল্লবা, পেল্লবা মতমদা অতোপ্পা মপুক লাল্লবা শাশিংগীদমক জঙ্গলদা হুন্দোক্কনি। ফজবগীদমক নাপল তৌজরিবী শকহেনবী নঙনা অদুম্না মাঙখিবা ঐ পাম্মুই। খল্লু, ঐনা হায়বা হ্রাও হ্রাও য়াদুনা মহারানীগুম লৈবনা ফবনি। লাও, চঙশিল্লকউ, ইনাক্তা ফল্লো।

মনি য়ু থকপা লেপ্লে। ঐ লৌশিং অমসুং পাঙ্গল অনীমক শিজিন্নবা মতম্মি হায়বা কাউদে।

মনি হৌগৎলকই, ঐগী খূৎ পায়দুনা হিপফমদা অমুক চিংশিল্লরে। হন্দক্তি ঐ খাঙখিদে , মানা ফমুং মথক্তা ইনখৎপদু য়ারে।

" অস! অক্কল! ঐ য়াম্না কিজে! ইকাইবনসু শিরেদা! " ঐ মাবু ইশ্লোক্লম্মী।

" করিগী কিরি অদুক চাউরদা! ইকাইবা , হঙ্গোয়বা পূম্নমক কোকহনবা ঙম্বা হীদাক্লি ঐনা থক্লিবসি, সে নঙসু খরা থকচিল্লু। ঙসি নঙসি ঐঙোন্দা লুহোংলগা থিল্লক্লবনি খল্লু। "

মনি য়াম্না ঙাইঙমদ্রবগুম মহাক্কী চীনবান য়াম্না নকশিল্লক্লে। ঐ তাঞ্জা লৌনীংলক্লে।

" অক্কল, মৈসি মুথৎপীখো। " ঐনা হায়।

" হোয়নে, অদুম্না হায়নবা য়ারবদি ফরেদনা। " মনি নোক্লুনা হৌগৎখ্রে। মহাক স্বিটচ য়েংলগা কুমথখি। মফি মরোল হোংদোকপদসু মতম খরা চঙখি। ঐ তাঞ্জা ফংবদগী মোম্পাক মখাদগী মিংশেল মচেৎ লৌথোক্লম্মী; খূৎতা মোনখূম ফিনা চেৎনা য়েৎশিল্লগা খূৎপায় চেৎনা পায়রে। মফি থোংদ্রবা মনিনা ফমুংদা হিপথরকই। ঐ মহাক্কী থম্মোয় তম্না মথবাক্তা শফু কন্না মিংশেল মচেৎনা ' দক ' থিনখি। মহাক ' আস! ' শাংনা হায়রগা তুথখ্রে। ঐ থিনবা লেপ্লে, মমায় মমিৎ, য়াংলেন, অফং

অফংবা মফমদনি। করি থোকখ্রবনো, মনি লাউবগী তাঞ্জা ফংখিদ্রে, লেঙখিদ্রে। ঐ পাখৎলপ তৌরবসু কিবদি পোকখিদে। ঐ মৈ থান্নবা ফমুংদগী চোংথে, মথং থবক লেপকে খল্লম্মী। মপানগী ফিভম খঙদোক্তবা য়াদ্রবনি। মনি করিমত্তা লেঙদে, ঐ থোঙ তপ্লা হাংদুনা য়েংলম্মী। মপান্দা মৈ মরাং কায়না ঙাল্লি। য়ু লিক্লী অনীগা পোৎয়োম অমগা নুপা অনী থংনবা কাদা চঙখিবা উই। অতোপ্পা মীদি উদে। ঐ কুইনা পম্ভবা য়াদ্রে, তাঞ্জা ফংলে খনখি। ইশাগী পোৎ চৈ নীংশিংঙি। খোঙউপ, বেগ য়াওদ্রবনি, মখোয়না গাড়ীদা চিংশিনবা মতমদা তাহৌবা ওইরমগনি। য়াম্না থুনা ঐ খরা শাংবা থৌরী মতৎ অনী শমজিন্নরে। চেল্লগে লেপ্লবনি। মনি ঈরক্তা তারি, স্বর হোল্লিব্রা হোন্দ্রব্রা খঙদে। ঐ মিংশেল মচেৎ থাদোক্লীংদে। মৈ মুথৎলগা মপান্দা তপ্লা থোক্লম্মী।

গুলমোহর হৌবা পনয়া, য়ুমগী মনীং তম্না ঐ চৎলম্মী। মফম অদু মৈঙাল ফংদে, মমতক তৌই। ঐ য়াম্না ৱানা উদু কোল্লগা কাখৎলম্মী। পাখৎপনা মঙমদি চৎখিদ্রবা জাৎনি। চেকপল ৱাংমা লান্না ফন্দোকখ্রবা মশাদুদা প্লাস্তিক থৌরী পুল্লগা য়াম্থুরে। চীংগী নারক্তা তাশিনখি। চৎকদবা মায়কৈ খঙলমদে। ঐ য়ুমদুদগী লাপথোক্লবতা হোৎনবদা চীংদোন য়ৌরকখি। শহরগী মৈঙাল পূম্নং লংনা মায়কৈ কয়াদা শন্দোক্লুনা লৈবা উখি। হৌজিক ঐ শহর মনুংদা অমুক চঙলুবদা খুদোংথীবা নংগনি খনবদগী অশুকপা উমং লম্বীরোমদা অসুম চৎলম্মী। থৱান্মিচাকশিংগী মতেং লৌদুনা মায়কৈ লেপ্লবা হোৎনবা নত্তনা থাগী মশক্তি উদে। ঐ শিল্লোংগী নোংপোক্লোমদা, শহরগী মতাইদা চৎলি হায়বা খঙলে। হৌজিক ঐগী অহানবা থবক্তি তাইবং মীগা উনদনবা হোৎনবনি। মরম অদুনা ঐ নোংপোক্লোমদা লেপ্তুনা চৎলম্মী। ৱানা ৱানা নারক, নূংলক্তা চীংগোন অমা লাম্থোক্লবা হোৎনরম্মী। শেক-শেক্তুনা চৎখিবা অঈংবা অহীং অদুদা ঐগী পাঙ্গল হায়ববু কিদবা অমসুং শীংনবনি।

নোংয়াই মতুং য়ৌরকপদা ঐ অচৌবা উখোঙ অমদা ঙাবগা ফম্লম্মী। লিক্লানা উনাদগী ইথক্তা তপ তপ তারক্লি। য়েনশিংনা নোংপোক

থংবা মায়কৈ অথাপ্পদগী খোংলকপা তারে। ঘড়ী য়েংবদা , পূং অনীমখায় তারে। খুল অদু য়ৌনা চৎলগে, চঙজফম লৌরুগে খল্লম্মী। ঐ কুইনা ফমদ্রে।

য়াম্না ৱানা পূং অনীরোম উরক লম্বীদা তপ্পা তপ্পা, লিক্লা মরক্তা লাক্লুবা তুংদা খুলগী মৈঙাল উরে। ঐগী থৱায় পৌখৎলকখি। চীংগোন অমত্তুং লাম্থোক্লবদি খুল ফংলগনি খন্দুনা ঐ খোঙগী অনাবা খাঙদুনা কন্না চৎলম্মী। হৌজিক্তি নোংসু খরা খরা ঙাম্থোরকপগী খুদম লাক্লে। নারক লম্বীদগী অকোকপা মফম য়েংদুনা কূমথরকপদা অচৌবা সড়ক অমা থেংনরম্মী। সড়ক্কী মখারোমদা অপিক অপিকপা য়ূম খরসু লনতক লনতক পরেং ওইনা লৈ। কয়ম্বা য়ূমদা চঙসিগে খল্লিঙৈদা তুংদগী লাকখিবা মৈঙাল অমনা ঐবু সড়ক মতাইদুদা চপ লেপহল্লম্মী ; মালগাড়ীদু ইনাক য়ৌশিল্লকপগা ব্রেক খংফা ফাখিবদগীনি। মদুগী তুংদা গাড়ী অনীসু লাকই। মখোয় পরেং লেপখ্রে। ঐনা চৎকে তৌবদা মাঙথংবা গাড়ীদগী কূমথরকখিবা ড্রাইবরনা খাল্লকখি। মানা হিন্দীদা অতোপ্পা গাড়ী মনুংদা ফল্লিবা নুপাশিংদুদা হায়, “ মসি খাসি মান্দে, নহানগীদুসু নত্তে, অনৌবা. ওইরমগনি। ”

মথক্তগী অমনা লাউরকখি, “ মমল হংঙু। ”

অতোপ্পা অমনা অমুক হায়রকই, “ কান্নদে থাদোকখ্রো, ঐখোয়গী নিরোধ লৈত্রে। এইদস পক্কীংব্রো? ”

অমনা অমুক মখা তাই, “ অদুগী ৱাদি, মখোয় পুদুনা চৎপনি, মঙোন্দা য়াওরমগনি। নহান ঐখোয় তরুক্তা অমমম পী। ”

ঐবু থৎলিবা অৱাংবা ময়াং ড্রাইবরদুনা হংলকখি, “ লূপা কয়াদা চৎলি? ”

ঐগী থম্মোয় কায়খ্রে। ঐ চেল্লগে খল্লম্মী। তুংথংবা গাড়ীগী ড্রাইবরদুনা ঐবু মমল য়াম্না হন্থহনখ্রে, মদুমক লাইবক ফরবনি।

মহাক্না লাউরকখি, “ য়ুবু ঙাওরিমাল্লি, খোঙউপ-ফিনাৎসু তোংদে, ফুরিৎসু শেগাইরে, মশীং খঙদনা নৈরক্লবা জাৎনি। অহীংদা

অকিবা খঙদ্রবীশিংসি মমল হোঙবীনি। আ মাঙদা অফ-অফবা য়াম্না লৈরমগনি। ”

গাড়ী অনী থৌখ্রে। নুপাদু কূমথরুবগী লেম্না তোক্লোই মতাগুম মখূৎতু লাল্লকখি। ঐগী অশাউবা লুতোন য়ৌখ্রে, মখুৎ ফারগা মথবাক্তা শাফু কন্না ঐনা কাউখি। মা নালাদা তারম্মী। ঐ অশাংবা স্বর অমা হোকে দাকপা ফংলে। অদুবু সড়ক অদুদা চৎনীংদবগী মথক্তা য়ূমশিং অদুদসু চঙনীংদ্রে। লম্বী মথক্কী অচোৎপা নারক-মোংশোং ফাওদুনা ৱানা, লম্বী অমা থিবদা অমুক চৎপা হৌরে।

নোংঙাল্লে। মখাগী লম্বীদা চেনবা গাড়ীগী মশীং হেনগৎলক্লি। মরক মরক্তা খুঞ্জাশিং থবক শূবা চৎনবসু উই। ঐ ড্রাইবরশিংগী ৱাঙাঙদুদগী সড়ক্কুদা অমুক চৎকে খনখিদে। সড়ক নাকন্দা য়ূংবা মাইলষ্টোনশিংদু য়েংবদা শিলচর য়ৌবা নেসনেল হায়ৱেনি হায়বা খঙলে। ঐ চীংথক্লোমদগী হাইথরকপা অপিকপা খোঙলম্বী অমগী ময়ায়মক্তা করি তৌসিগে খন্দুনা ঙাইহাক্তং ফল্লম্মী। উমংলোমদা হাইগৎখ্রিবা লম্বীদু শিল্লোংলোমদা নকশিল্লমগনি খন্দুনা য়েংলুগদবা ফাওবা কিরম্মী। ঐ চোকথবনা লেঙনীংদ্রবা মতমসিদা লাউরকপা খোঞ্জেল অমনা ঐবু থীনা খংহনখি। য়েংলুবদা নাক-য়েৎতা সিফাই ময়াম চঙশিল্লকই। ঐ খঙহৌদনা কপথোকখি।

সিফাই অমনা হায়রকই, “ হৌগৎলু। ”

*ঐ হৌগত্তে, অদুম কপ্লম্মী। অতোপ্পা অৱাংবা অমনা নক্না চঙশিল্লক্লগা চিংখৎকে তৌই, কিহল্লকই, “ নখোয় রন্দীশিংসি* অন্দরগ্রাউণ্ডগা শম্নে, ফাদুনা পুবা তারে। ”

ফুট কুম্ভামুক লাপ্না হৌবা অচৌবা উচান পাম্বী অমগী মরুমদা লেপ্পা সিফাই নহা অমনা কন্না লাউবকখি, “ শোক্কনু। কনাসু নুপী মচাদুবু শোকপা য়ারোই। লাপ্না হন্দোকউ; নত্তবদি ... । ”

ময়ামদুনা মশক মতৌ ফজরবা নহা ওইরিবা সিফাইদুদা শাউনা ওনশিন্দুনা য়েংনৈ। অদুবু ঐঙোন্দদি কনাসু নকশিল্লক্তে।

ঐ ঙক্লা অদুম কপ্লম্মী। ময়ামদু চৎখ্রে। পাখংদু ইনাক্তা লাক্লে। মহাক লেফটিনেন্টনি। ঐ মাবু য়াম্না কিরম্মী। মহাক ইংরেজী ঙাঙখি। ঐবু মতুং ইল্লক্লবা কন্না হায়রে। ঐ য়ারমদে। মহাক শাউগৎলকখি, অদুগা মখোঙ কন্না থীল্লকখি। উপায় লৈত্রবদা ঐ কিনা কিনা ইন্নরে। ঐখোয় সড়ক অচৌবা তম্না কূমথরম্মী।

সড়ক য়ৌরবদা মাঙগী সিফাই তরামঙারোমদু ঐখোয় অনী ঙাইবগুম পরেং লম্তক লম্তক লেপ্তুনা লৈরি।

লেফটিনেন্টনা হংলকখি, “ নঙ কদায়দগীনো? ”

ঐনা খুম্মী, “ ঐ মণিপুরদগীনি। ইক্সকর্সন লাকপদা লমদমসিগী ফত্তবশিংনা ফাদুনা পুবদগী নাম্ব্রোক্তুনা চেল্লকপনি। ”

“ হৌজিক কদায়দা চৎকদৌরি ? ”

“ মফম খঙদে, চঙজফম থিরিবনি। ”

“ পুলিসতা চৎকেরা? ”

“ ঐ পুলিসপু কিজে। ”

মহাক ঐঙোন্দা শাউতক য়েংলম্মী। তাঞ্জাদুদা কার অশংবা অমা মী অনীখক্তং তোংলগা লাকখি। মদু মহাক্লা খাম্লে।

“ নখোয় কদাইদনো? ” সিফাই চঙশিন্দুনা হংঙি।

দ্রাইবরনা খুম্লকখি, “ শিলচর য়ৌগদবনি। ”

“ ফরে অদুদি, মাঙগী খুল অসিগী চিফকী খূৎতা নুপীসিবু খরা শিন্নবীরম্মু, ইমান্দারীদা। করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোকহল্লবদি য়ারোইকো। গাড়ী নম্বর নোট তৌরবনি। ফরে, চৎলো। ”

ঐ মঙগুম গাড়ীগী মনীং সিটতা ফম্লম্মী। গাড়ীদু য়াম্না য়াঙনা থৌরম্মী। গোলাই অহুম, চাউরাক্লা কিলোমিটর মঙারোম লাক্লে।

কার দ্রাইবরনা হংলকখি, “ মৈতৈরা? করি জাতিনো? ”

“ উম, ঐ মৈতৈনি, তামো। ” ঐ হরাউবগা চিংনবগা য়ান্ননা খুম্লম্মী। “ তামোদি কদায়দগী ওইবীরবনো? ”

“ কছারদগীনি। ” নুপাদু শাউরপ ঙাঙখি, “ পৈসা পাম্বদগী অদুক

য়াম্বা সিফাইশিংদুগা অহীং য়ারেক্কুবা ঙম্লবনিনে ইবেম্মদি? চহীসু নৌবি, নশকসু ফজে। অফবা নুপা অমদা নয়ুম পাল্লগা নুংঙাইনা লৈথোকপা য়াদ্রো, নশাবু অদুক য়াম্না মমল থমদ্রিবা করিগীনো? ”

থম্মোয়নুংদা প্রোক প্রোক চাক্লবসু ঐ খুম্লুবগী করি কান্নগনি খল্লম্মী। অদুবু খোঞ্জেল থোক্লা কপথোকখিবদি খঙহৌদ্রে।

“ অদুম্না খনবীরবদি ঐবু থাদোকপীরম্লো, তামো। হুন্দোকপীরম্লো। ” ঐ ফৎ হায়দোকখি।

নুপা অনীদু মখা তারকখিদে। দ্রাইবরদু মোবাইল ফোন থাঙ্গৎখি।

“ হেলো, সার। ঐখোয় য়ৌরক্কদৌরে। মখোয়সু লাকহৌরে। তরানিপালনি, লেফটিনেন্ট অমনা চিংলকই। খূৎলাইদি কেগা এস কনি। এল. এম. জি. অমসু য়াওরি। অদুগা সার, হেলো, তাবীরিব্রা? ব্রাফম অমা লৈরে। ঐখোয়না মৈতৈ লৈশাবী অমা পুরকই। করিনো, সিফাইশিংদুগী মীরা নত্তুগা মতমসিগী ওক্তবীরা, ব্রারী খরা শান্নবা মথৌ তাই। মখোয়নদি খুলগী চিফতা শিন্নরম্নবা হাপকৎলকপনি। করি তৌজৌ হায়বগে? ... ফনি, সার। ”

ফোন থমখ্রে। গাড়ীদু ওখাক কন্না থৌরম্মী। কিলোমিটর অনীরোম চৎলবা তুংদা গাড়ী খাম্লে। লাকমিন্নবা নুপাদা গাড়ী শিন্নরগা মৈতৈ দ্রাইবরদুনা ঐবু মতুং ইল্লক্নবা হায়রকখি। খুলগী চিফতা শিন্নগদৌরিমাল্লে খন্দুনা ঐ মতুং ইল্লম্মী। চীংথক অতোংবদগী য়েংবদা, মায়কৈ খুদিংদা, খুল অমত্তা উদ্রবদা ঐ চিংনরক্লে। অশোঙবা নারক্তা ফুট য়াঙ্খেরোম কাখৎলগা অকোকপা মফম অমদা নুপা অদুনা ঐবু ফম্মু হায়রকই। ঐ য়ারমদে। মকোক্তা উনা-উশা থেৎপা, কম্বেৎ দ্রেস শেৎপা, খ্বাংদা গ্রেনেদ অহুম য়ানবা, মখূৎতা নোংমৈ পায়বা নুপা অমা ঐগী মাঙমক্তা ফুত ফাওদোরকপদা ঐ শ্বাই পাখৎলম্মী।

“ নঙ মৈতৈনি হায়বদাই? ” নুপাদুনা হংলে।

ঐনা খুমখি, “ হোয়, তামো। ঐ ইম্ফাল মন্ত্রী পুখ্রীদগীনি। ”

“ নঙ শিল্লোংসিদা তাবদি কয়া কুইরে? ”

" ঐ হন্দক্তা ইক্সকর্সন লাকচবনি। "

" নমিং করি কৌই? "

" তামো, বালা কৌজে। "

" অহল-লমনদি ...? "

" বাবা লৈখিদ্রে, ইঞ্জিনিয়র ওইরম্মী, গম্ভীর কৌই। ইমাগী মিংনা শকুন্তলা। "

" নখোয় ইচিল-ইনাও কয়ানো? "

" ইথন্তনি। "

" হায়য়ু, নঙ করিগী সিফাইশিংদুগা য়ারেকমিন্নখিবগে? "

ব্রাহংসিনা ঐবু য়াম্না কপ্লীংহনখি। ঐ নুংঙাইতবা ফাথরগা ঐবু ফারকখিবা থৌদোক্তগী হৌরগা মফম অদু য়ৌরকপা ফাওবগী অব্রাবা ব্র রীশিংদু তল্লম্মী। নুপা অনীমক ঈংনা পুক্লীং য়াম্না চঙনা ঐগী ব্রারী তারম্মী।

খূৎলাই পায়বা নুপাদুনা তেলিফোন তৌই, " হেল্লো, ঐ এক্সননি। ঙসি ঙরাংসি মণিপুরদগী ইক্সকর্সন লাকপা লৈশাবী অমা ফাখিবগী শহর মনুংদা ব্রাথোক লৈব্রা? ... ও, ও। মখোয় লৈরিব্রা নত্ত্রগা হনখ্রব্রা? ... হনখ্রে? ... ফরে। থল্লে। "

" ঐবু কনাদা শিন্নবীগদৌরি? " ঐনা হংঙি।

" নো, নঙগী পরিচয় খঙখিগনি। " উনা থেৎপদুনা দ্রাইবরদা য়েংলগা মখা তাই, " নঙ থবকসি য়াওরগনু। নুপীশিংগী লৈফমদুদা মহাকপু পুখ্রো? "

দ্রাইবরনা মাঙ চিংদুনা ঐখোয় অনী পূং অনী হেন্না চীংগী খোঙ লম্বীদা চৎলবা তুংদা অপিকপা খুল অমা য়ৌরে। মতাই ইথং থংনা লৈবা য়ূম অমদা ঐবু পুশিল্লি। য়ূমদুদা ঐগী চহী লেঙগা ওইবী, মৈতৈলোন খঙদবী নুপী অহুম লৈরম্মী।

মখোয়না ঐঙোন্দা ফেনাৎ অমসুং হোংদোক্লবা ফি পীরকই। ঐ মখোয়গা চামিন থকমিন্নদুনা পোৎথাবা ফংলে। তৌবতবু, মখোয়না লোয়নরিবা নোংমৈশিং অদুনদি ঐবু য়াম্না নুংঙাইহন্দে।

নুমিদাং ব্রাইরম পূং মরিরোম তারকপদা ঙসাই লৈহৌবা উনা থেৎপা নুপাদু থুংলরে। মহাক্কী ব্রাঙাঙ, অতোপ্পশিংনা মঙোন্দা কৌবা মিংগৌ অমসুং উৎলিবা ব্যবহার য়েংলগা নুপাদু শোয়দনা ময়ামদুগী কমাণ্ডরনি হায়বা ঐনা লেপখি। মহাক চঙলকপগা ইনাক্তা ফল্লে।

" বালা, নঙ হৌজিক ঐখোয়গা লোয়নবা তারি। মফমসি থাদোক্তুনা অহীং চৎপদা নঙ য়াওবা তারবনি। " নুপাদুনা ঐনা খঙদবা লোন্দা ব্রা খরা হায়রবা তুংদা ইংরেজিদা অমুক খঙহল্লি, " মখোয অমুক হনখ্রে। মখোয়গী কমাণ্ডর লেফটিনেন্টকা টু.আই. সি. সুবেদার অমগা খৎনরকপদগী হনখিবনি হায়না অকোনবা রেকিনা তল্লে। মরাইবক ফৈদা। নোংমৈ খরা ফংলগনি খল্লুবা ঐখোয়গী আশা নাম্থোকখ্রে। হৌজিক চা-থকপা লোইশিল্লসি। ঐখোয় পূং তরুক্তা মতম চপ চানা খোঙশানগদবনি। "

নুপা অদু থোকখ্রে। হৌজিক অচুম্বা পাম্বা, মজাতি নুংশিবা মীবক্তা তিনবগী চাউথোকচবা ঐঙোন্দা ফাওরম্মী। ঐগী অকিবা অমসুং চিংনবা কোকখ্রে। মখোয় লমচৎ-শাজৎ ব্রাংবা লূপ অমনি খঙবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখি।

মথং অয়ূক্তা, শুক্লবা উরক- ব্রারক্তা শঙ মচা মচা শারেগা লৈবা অন্দরগ্রাউণ্ড কেম্প অমদা ঐখোয় থুংলে। মনা পূংবা অচৌবা উশিংগী উমংনা মায়কৈ মরি কোয়শিনবা মৌবীগী চীংমায় মতেক্তু চাউদে। লৈরম্বা মীশীংসু পঙয়াম য়ামদে, কুনমুক্তনি।

নুংথিল পূং অমরোম তাবা মতমদা নুপাদুগা ঐগা ব্রাচেৎকী টেবল অমদা মায়োক্লনা ফমদুনা চাক চামিন্নরম্মী। মহাক্কী মখূৎ ওয়না ইংরেজী খবর চে অমা পায়রি।

চাবা ময়ায় চল্লকপদা মহাক্না হায়রকখি, " বালা, নঙ অচৌবা খুদোংথীবা অমদগী নাম্থোরক্লে। পুন্সি অমসুং ইজ্জৎপু কঞ্জরে। নঙগী থৌনা থাগৎনিঙাইনি। ঐখোয়না লান্না লৌখিবদু নুংঙাইতে। নঙবু হয়েংদি শিলচর য়ৌহন্নবা ঐনা থৌরাং তৌরে। অহীংসিমদি ময়ামসিগা লেনমিন্নবা তারি। "

" তামোগী থৌজালনি। " ঐ হৃরাউখি।

" উকিল মনি হায়বদু, মন্ত্রী ওইবদু , ঐ মশক খঙঙি। শিল্লোং হোস্পিতালদা লায়কন্নরি। "

" তামো, কদায়দগী পাউনো? " ঐ ঙকখিবনি।

" অসিদা য়াওরি। " মহাক্না পাউ য়াওফমদু উৎলগা মখা তাই, " ইরিবসি য়েংঙু, নহান অহীং মরূপ অমগী য়ুমদা তূন্নিঙৈদা শকখঙদবা মী খরা চঙলক্কুনা হাৎনবা হোৎনরম্বনি হায়রি। "

অশেম্বা পাউনা মীয়াম শুম্বগী চৎনবীদা ঐ নোক্লীংলম্মী। অদুগা, খুদক্তা ইমাবু নীংশিংলকপদসু য়াম্না কপ্পীংহনখি। ঐঙোন্দগী খবর-চে লৌনবা তিংথোরকপা নুপা অদুগী মখূৎতু ঐ মুন্না য়েংলম্মী, তাপ হেক ফানিংবগুম তৌখি।

" তামোগী মিং করি কৌবগে? " ঐ কিনা কিনা হংবনি।

নুপাদু পিশুম শুক্তক খুন্মী, " এক্সন। "

" লৈফমদি? "

" জঙ্গল। " হন্দক্তি নোক্লগা তাক্লকখি, " অদুম্না হংনদবনি। "

" ঙাকপীয়ু, তামো। " ঐ চাক চাবা ঙাইহাক লেপ্লম্মী।

" ঐগী পাউখুমসিদা নঙ য়াম্না ব্রারৌরব্রা , বালা ? "

" ব্রারৌজদে, তামো খঙদবদগী হংজরুবনি। "

" নঙ মপানগী মীনি, ঐখোয়না মনুংগী। অরোন-অথুপ ঙাঙনদে। ফরে, মসিনা অমনি। শিলচরদদি নহাক্কী খঙন-চান্নবা মী লৈব্রা? "

" লৈজদে, তামো। "

নুপাদু ব্রাখল তৌরম্মী। মখা শমথরকখি, " য়েংঙু ইবেম্মা, ঐ ময়ামসিগী মীনি । ঐখোয় অমত্তনি। ইজাতি ফুরুপ অমনা ইরোমদোম লেপচনবা লালহৌরিবনি। ইশাগী য়েংদনা, মীয়ামগীদমক পুন্সি-থব্রায় কৎলগে হায়না চোংথোক্লরক্লবা মীশিংনি। ইবেম্মা লাইহিরিক হৈবীনি, ভাব ফজনা তাবীরমগনি। ঐখোয়গী অহানবা লোনচত্তি অরোন-অথুপ ঙাকপনি। "

ঐনা থৎলি, " তামো খঙজরে। তামোদি ঐনা খুরুমজবদা মতিক চাবনি। "

ঐখোয় অনী ৱারী লেপ্তুনা অনৌবা মথেল হাপ্লকপশিংদু চাবদা পুক্লীং চঙলম্মী।

অহীং চুপ্পা, খুদক্তা ৱারেপ লৌবা ঙমদবা ৱাফম অমনা ঐবু কন্না ওৎখি। নোংঙানবগা নুপী ঐখোয় তকক তূম্লিবা শঙগী মাঙদা কমান্দব লেপ্তুনা হৌদোক্লরে। মহাক ঐবু শিলচবদা থিনগদৌরি, থৌবাং লোইশিল্লো হায়বা লাকপনি।

ঐ তপ্না হৌগৎলম্মী। মায়-মিৎ ফিজিনা তৈথোক্লগা শঙগী মপান থোক্লম্মী। ঐ মফম খঙহৌদনা কমাণ্ডবগী মখোঙ শোক্লম্মী।

" তামো, ঐবু নহাক্কী সেবক ওইনা লৌশিনবীয়ু, ঐ যূমদা হল্লবোই। "

কমাণ্ডর শাউখি, ঐবু চৈখি। তুংদা থেংনগদবা খুদোংথিবা অমসুং অৱাবা কয়া উৎতুনা কিহনখি, নীংহন্ননবা হোৎনবকই। ঐ মখোযদগী ইস্থোকপীদনবা খাঙখি, লৌশিনবীনবা কন্না তকশিল্লম্মী। মমৈথংদা ঐনা হায়জবদু তঙ্খাই অমা য়াবীবগুম শিলচরদা থিনবগী থৌরাং ককথৎখ্রে।

ঐ কেম্প অদুদা লৈরকপা নুমিৎ তরানি শুরে। ঐ কমাণ্ডবদা হংনীংবা ৱা খরা লৈবনি, অদুবু চৎনবীদু ঙাকপা তাখি। লৈমিন্নবশিংগী লোন তম্বদা ঐ মতম হৌখিবা খঙহৌদে। নোংমা কমাণ্ডরনা ঐবু মহাক্কী ওফিসতা কৌরম্মী।

মহাক পাউদু তম্বদা হরাউনা উদে, হায়রকই, " বালা, নঙ ঐখোয়গী পার্টিদা য়াওবা য়ারে। মরকসিদা ঐনা লীদরশিংগা পাউ চৎনখি। ঐ অশেংবা ৱাফমদু তমগে। নঙোন্দা থোইদোক হেন্দোকপা খবা লৈ। মসি পার্টিদা খুদোংথীনিঙাই ওইরক্কদ্রা হায়বদু কিনখি। হৌজিক নহাক ফাইটিং গ্রুপ্তা য়াওবা তারে, লোয়ননা নহাকপু অথাপ্পা মীবৈবাক্কী লমদা ট্রেনীং তৌহন্নবসু খন্নখ্রবনি। ঐনা তেঙবাং খরা পীবগী লমন্দা নহাক্লা পার্টি য়াওরকপনি হায়বসি ঐবু খক নীংশিংহনগনু। '

ঝাসি তাবদা ঐ হৱাওবগুম ৱাবগুম তৌরম্মী। ঐ ইশাগী কান্নবা অমসুং লমন খুম্বগী থবক কৈদৌঙৈদসু তৌরোই হায়না মীয়াম মাঙদা ফোংনা ৱাশকখি।

ইমা, হৌজিক ঐ খৃৎলাই পায়বা লালহৌবা সিফাইনি। অদুগা ঐগী পুন্সিনা ইমাগীদমক কৎথোকচরবনি।

ইমা, অসিনি নচাগী অনৌবা খোঙচৎ, পামজবা চাংয়েং। করিগুম্বা মরক মরক্তসু ঐ ইমাগা উনরবা য়াই। ঐঙোন্দা অৱাবা নুংঙাইতবা করিসু লৈতে। ইমাসু নুংঙাইনা লৈবীয়ু, পুকচেল চাউথোকপীয়ু। ঐ ইমাগী খুয়াখাদা চঙজদুনা মঙ্গল নিজরি। লাইরেম্বীগুম্নবী ইমাগীদমক ঐনা পুন্সি চুপ্পা চাউথোকচগনি।

ইমা, মতাং অসিদা ঐ ইবা লোইশিঞ্জরে। অমুকসু হন্না হায়জরি, পাবা লোইবগা চিঠিসি শেগাইবীখো।

হাক্কী নচা
বালা

শকুন্তলা চাকমনবনা অঙাওবীগা পাংখক ওইখ্রে, ফুম্বংনখি। ফনা কুইনা লেঙখিদ্রবা তুংদা মচীন্দদি শোল্লকখি — ‘ ফরে, ঐবু মীরায়রগা নুংশিরো নমা লৈবাক্তু। অসিনা ওইরে প্রিয়ানা পাউখোং চল্লল্লিবা, বালাগী অশেংবা মমা কনানো হায়না। ’

# ২৪

মীরৈবাক্তা অৱাংবা থাক্কী মিলিটরী ট্রেনীং ফংদুনা হল্লকখিবী বালাবু কেম্পতা পার্টিনা ওকপা থৌরমদা ইন্দু য়াওরম্মী। বালানা মঙোন্দা মখোয়গী পার্টিদা পুশিনবীনবা হায়জখিবা মীকুপ্তু মহাক অসুম নীংশিংলম্মী, মখোয় অনী য়াম্না কুইনা য়েৎনখি। নুংঙাই-য়াইফৰবা ইমুংগী অঙাং বালানা থাজবগী ৱাংমদা ইখঙ খঙহৌদনা মখোয়গী পার্টিদা য়াওজগে হায়জরকপদা মহাক ঙকখি। অদুগী মথক্তা মশামক্কী সেবক ওইনীংবগী অপাম্বা ফোংদোরকপদা মহাক্না য়াখিদে, চৈখি। তুংদা থেংনরক্কদবা অশেংবা অৱা-অনা কয়া তাক্তুনা ৱাখল হোংহন্নবা হোৎনখি। ঙাঙথোকপদা লাযবা পাঙথোকপদা লুবা থবক অসি খুদোংথীবনা পীক থনবনি। লম্বী অসিদা চৎখ্রবা মীনা নুংঙাইনা পোৎথাবা হায়বদু অমুক ফংলরোইদবনি। শাদানবনা তাল্লিবা উচেক্কুম্বনি, কায়দোংফম খঙদনা পাইগনি। মোম্পাক-মোন্দুমগী মহুত্তা উরু-ৱারু অমসুং নারক-শীংলক, ফজবা ফিজোলগী মহুৎতা উনা-ৱানাগী কেমুফ্লাজ, নীংথিবা লৈতেংগীদমক নোংমৈ অমসুং গ্রেনেদ , চিঞ্জাক্লা অফং-অফংবা; হিংবা-চঙবগী পোম্বাদা কৎথোকপা হায়বা মন্ত্র অসি খোঙথাং খুদিং শোনগদৌরি। খাঙবা কন্দবা, নুংঙাইবা পাম্বা, লন্নাই ৱাখল চেনবা মীশিংগীদমক লূপ অসিদা থোঙ হাংদে। জাতি-মীযামগী থবক থৈদোক্লগা মরন্নাই কান্নবা থিবশিংনা নাকোইননা লূপ্তা খুরৌ চেলহনবনি। মরম অদুনা শহরগী ইনাক খুনবা ৱাৎত-পাদবা ইমুংগী লৈশাবী, পুন্সিদা উমং- ৱামং,

চীং-পাৎ, নারক-মোংশোং নোংজু-নুংশাগী অৱা মৈশা লাংদ্রিবী অমনা অচৌবা শীংনবা অমা মায়রোং য়াগে হায়রকপদা ইন্দুনা পুক্লীং খক থৌগৎপা ঙমখিদে। অকি-তুজুং, অৱা-অনা, মীনুংশি কাউরবা, পান্দম অমদগী হেন্নদ্রবা, হিংবগী মরেক-মহাও পকহন্দ্রবা, খুদোংথীবগা লেংগোন্নরবা পুন্সিদা খোঙদাগে খক খন্দনবা ইন্দুনা কন্না থেমখিবনি। মদুগী মথক্তা লমন খুম্লীংবগী থবক পায়খৎলক্কদবা মীশিংবু লূপ্তা পুশিল্লক্তবগী চৎনবী লৈরিবনি। তাঞ্জা ফংবগা, ওৎপী নৈবীরক্লবী মহাক্না শারমচৎকী মীশিংদুবু লেম্না খক থানীংলোই। মরম পূন্নমকসি মুন্না খঙলবা ইন্দুনা মহাকপু লূপ্তা য়াওহন্নবা ৱা লুচিংবশিংদা হায়নীংখিদে। মহাক বালাগীদমক শাংনা শাংনা খনখি, মতম অদুদা মখোয় অনী ঙাঙনখিবদু খক কাউদে।

—'বালা, নঙ নৌরিবী লৈশাবীনি। ঐগী ৱাশিংসি নঙবু নীংহন্নবা হায়জিনবা নত্তে, কিহনবা য়াওদবনি, অশেংবা ঙাক্তনি। নঙ তুংদা নীংঙল্লক্তবা য়াই, মুন্না খল্লু। ঐনা অমুকসু হায়রি, লম্বী অসিদা চঙলকখ্রবা মীগী থৈদোকপা য়াদ্রবা পম্বুং অনী লৈ। অহানবদা অৱাবা খাঙবা, অনীশুবনা থৱায় থাদোকপা। মরক্তা পোৎথাবা হায়বনা লোৎপনি, নাম্বোকপা হায়বনা পুন্সি লোইবনি। নঙ অঙাং ৱাখন্দা তরাই তরাই খনবা য়ারোই।' ইন্দুনা থিংখি।

বালাসু তকশিনবা লেপখিদে, ' তামো ঐ চপ লেপচরবনি। তামোনা চিংনবীরিবা পূন্নমক কোকহনবা ঙমদবগীদমক ঐ য়াম্না ৱাজে। ঐ ৱাশকচরি, ঐবু মাঙহন্নবা শীনবশিং সংসারসিদা লৈত্রে খন্দোকচগে। ঐ য়েক্লবা কনায়নো খঙজদে, সরকাররা নত্ত্রগা ফত্তবা মীশিংনা ওইরিব্রা? ঐনা তৌজগদবদি পার্টিনা পীবীবা থৌদা অদুনি, লোয়ননা পলেম অপোকপীগীদমক পুন্সি কৎথোকপা।'

'য়ারোই বালা, নঙ তাইবং মীনি। লাইগী ওইবা লোনচৎপু নঙগী ৱাঙাঙদা পুশিনবা তুং কুইরোই। হৌজিক উকিল মনিদু ফারগা নঙগী মাঙসিদা পুরক্লবদি করি তৌগনি?'

'ঐ মাবু য়েংদনা চৎথোকখিগনি।'

ইন্দু ঙাইহাক বা ঙাওদনা তুমিন লৈরম্মী। বালাগী নীংথিজবী মায়থোংদা অমুক য়েংলগা লুকথে, য়াম্না পাম্মুজখিবনি। মহাক্কী বাখল মথক মখা লামখি, উরু উরু উংখি। মমৈথংদদি মহাক য়াখি, ' ফরে, অদুদি ঐ অহলশিংদা হায়জরগে। '

' থাগৎচরি, তামো। ঐ য়াম্না নুংঙাইজরে। ' বালানা খুল্লম্মী।

বালাগী চীংলেম্বা হেনগৎলকই অদুগা অপনবা লৈতনা ইতিং তিংনা ঙাওলি।

' অদুদি নও করিদা য়াওনীংঙি — অশীল-অরাও নত্ত্রগা লাম্মীদা? "

' ঐ খূৎলাই পায়জগে, লাম্থেংনজগে। ' বালাগী ফিরেপ হেন্না ময়েক শেংলকই। ' অদুবু তামো, ব্রাফম অমত্তংদি ...। '

' হায়য়ু। '

' মতম পূন্নমক্তা ঐবু তামোগী গ্রুপ্তা য়াওহনবীয়ু। '

' হায়বদি , ঐগা লোয়নবা পাম্মী, অসিরা? '

' হোয়, তামোগী থৌদা পাঙথোকপদা থব্রায় থাবা ঙমজগে। '

ইন্দু নোকখি, ' মদু ঐনা শীনবা ঙম্বা নত্তে। লূপকী চৎনবী, য়াথং ইনগদবনি। হয়েং নহাক্না ঐঙোন্দগী হেন্না চাউখিবা য়ারিবনি। কনানা খঙগনি নওনা ঐঙোন্দা থৌদা পীরকপসু। '

মখোয় অনী নোকমিন্নে।

অসুম্না ' এক্সন ' কৌনবা ইন্দুগী খূৎথাঙদা বালানা লালহৌলূপ অসিদা তিনবা ঙমখিবনি। মখা তাবদা, মহাক মশাগী অপাম্বা, মহৈগী থাক, হকচাংগী ফিভম, থৌনা-লৌশিং অমসুং ইচংথৌবা কূপ্না য়েংলগা লাম্মী শীংলূপ্তা য়াওহন্নবা লুচিংবশিংগী অয়াবা পীখি।

থা তরামরিগী অকনবা ট্রেনীংগী তুংদা বালানা মহাক্কী গ্রুপ্তা অমুক পূল্লবদু ইন্দু য়াম্না হরাওখি। মখোয় ম্যানমার বোর্দরগী অহুমশুবা কেম্প শেমগৎপগী থবক হকথেংননা পায়খৎলম্মী।

ম্যানমারগী চিন ষ্টেট অমসুং সাগাং দিবিজনগা তাইনবা মণিপুরগী ঙমখৈ লমগী লায়াং খুনগী উমংদা মতম খরা খাঙনবা কেম্প অমদা ইন্দুগী

গ্রুপ্না লৈরকপা হাপ্তা ফারে। চুক য়ুংলগা মৌবী ৱানা শেম্বা ফানশাং অমদা ফমদুনা ইন্দুগা বালাগা চাক চামিন্নরম্মী। লাম্মীশিংদু কনানা নুংপাক্তা ফমদুনা, কনামনা লৈমায়দা, লেপ্না লেপ্না চাবা কয়া অমা, পুকথন্নবা হোৎনবদা ৱা অমত্তা ঙাঙনদে। তঙাইফদনা অৱাৎ-অপা হায়নবা নত্তনা ৱারীদা মতম মাঙহন্দবগী হৈনবী লৈখ্রবা ঙাক্তনি। মখোয় প্রপ প্রপ চাশিন্নে। শজিবু থায়ায় ওইবনা উনা-উশালক্তগী ফাওজিল্লকপা নুংশাগী মৈশা ওখাক য়াক্লবনি। উনানা কুপ্লবা লৈমায়দগী থিনগত্তুনা শাৎলিবা য়াইপলশিং হরাওনা উই। চাউর-চাউরবা, ৱাংল-ৱাংলবা চীংশু, খাঙ্ক্রা, য়াঙে, তল, তলহাউ, খে, লৈহাউ, উনিংথৌ, উশোই অমসুং চীংথ্রাউ পাম্বীশিংদা য়েৎলিবা উরীশিংগী মপূং ফারবা নানৌনা মফম অদুবু ঈংহনবদা তেঙবাংবতা নত্তনা পুক্নীংবুসু নৌহল্লি। মরক মরক্তা খোংলকপা শলংকাকশিং, লময়েনশিং অমদি তাম্নাশিংনা লাম্মীশিং অদুবু তাইবংদগী লাপথোক্ত্রি হায়না তাক্লকপগুম তৌই।

মফম, মতম অমসুং থবক্তা মরী ইরে লৈনদবা ৱাফম অমনা বালাগী কোক্তা নৈরবা অনী অহুম্লক শুরে। মহাক খাঙদুনা লৈনীংলক্রে, তাঞ্জা য়েংখি।

" তামো ঐ কৈনোমত্তং হংজগে। "

ইন্দু ঙক্তক য়েংলকখি, " করিনো? "

" তামোগী খূদোপসি কদায়দগী লৈবীবগে? "

" কৈদৌরগে? ফজদব্রা? হৈতবা মীনা শাবা মানব্রা? "

" ফজবগী হংজরিবনি। ঐখোয় বাবানা শিরম্বনি হায়দুনা ইমানা য়াম্না চেকশিন্না থম্বা খূদোপ্পুগা চপ মান্নে। "

" মান্নরম্বা য়াই শাফম তিন্নরবদি। "

" কদায়দা শাহনবীবগে? "

" মসি ঐনা শাহল্লুবা নত্তে, খুদোল ওইনা ফংবনি। "

" কনাদগীনো? "

" নঙ য়াম্না হংগদৌরি। "

" খূদোপসিনা ঐবু য়ুমগী ৱা য়াম্না নীংশিংহল্লি। "

" অদুদি হায়রগে। মতম অমদা লংফৈদা থেংনবা ইয়াম্বা অমনা পীরম্বনি। মহাক্কী মমিং দিলিপ কৌই। ওম্ব্রোক্লা নুংশিব্রবা ইয়াম্বনি। মতম পূম্নমক্তা মহাকপু কাউদনবা, নীংশিং-পোৎ ওইনবা সিবীরম্বনি। "

" হৌজিকসু তামোনা মহাকপু নীংশিংলি, ঐনা খঞ্জবগী ৱানি। "

" করম্না কাউগনি, মহাক্কুম্বা নুপাবু। "

" য়াম্না ৱাংহল্লি, করি লমগী মীনো? "

" ককচিংদা পোকপনি হায়, হৌজিক্তি কদায়দা লৈরমগদবনো খঙদ্রে, মাঙখ্রে। "

বালা শ্বাই হেক লাওই।

" ময়ূমদা লৈরমদ্রবদি কদায়দা চৎলুগনি। "

" লমদম অদুদা ঐ থিবা য়াবা থিরুরে, ফংলক্তে। মমিং লোৎপ্রা নত্ত্রগা লৈফম তাক্লীংদব্রা, অমদি লৈরে। ঐ হৌজিকসু মহাক্কী খোঙ্গুল লীরিবনি। "

" নুপাদু তামোগা কয়া কুইনা কবম্বা মতমদা লোয়নখিবা মীশক্লো? অদুগা করি লমদা ...? "

" কুইদে, থা অনী অহুমগী ৱানি, চহী অনী-অহুমগী মমাঙদা, মিজোরমদনি। "

" করি থবক্তনো পূনবীরুরিবা? "

" ঠিকাদারগী লম্বী শেম্বগী থবক্তনি, চরা তানবদা। "

" মফমদি? "

ইন্দু বালাগী হৈনীংবদা ঙক্তক যেংঙি, মখাদি তাই, " নিউ সায়াদা, বংলাদেশকা তাইনবা চীংশাংদনি। নোংজু থাদা কান্নফম খঙদনা ৱানা শূখি। ঙাইখো, বালা, করিগীনো নঙনা অদুক কুপথনা হংলিবদি? "

" তামোনা থিবীগদৌরিবা মীশক্তু মগুণ কবি লৈবগীনো হাযবা য়াম্না খঙজনীংবগী ৱানি। "

" মগুণগী ৱাদি, ইয়াম্বদুবু ঐনা পুল্সিসিমদি শীংথাগনি। চুং-ফিরাল

চাবা, মায়থোং নীংথিবা, রাশি লৈবনা মপাম্থোংগী ওইরগা বুদ্ধি-লৌশিং, ঈং-তপ্পা অমসুং মীনুংশিনা নুংগী ফজবনি। ”

“ ফজনা থাগৎলি। অদুদি, করম্না তামোগা কায়নখিবনো? মহাকপু ময়ুম-মকৈ, ইমুং-মনুং লৈতবা জাৎলা? ”

“ মহাক্কা ঐগা কায়নখিবগী ৱারীগা ঐনা ময়াম মরকসিদা তিল্লকখিবগী ৱারীগা শম্নরে। মদু খরা শাংঙি। মতাং চাবা মতম অমদা লীরগে। ইয়াম্বদুগী ইমুং-মনুং, মরী-মতাশিংগী মরমদা করিমত্তা খঙদ্রবসু মহাক পাখং শরিনি হায়বসিমদি শোয়গদবা মান্দে। ”

“ অসুক মমল লৈবা খূদোপ্পু খুদোল পীথোকপা ঙম্বা নুপাদু লাইহ্রবা মীশক্তি ওইরম্লোই হায়বা তামো য়াবীনীংব্রা? ”

“ মদু হংবা য়াবা ৱাফম্নি। ঐসু তুংদদি অসুম খল্লকখি। মরমদি খূদোপসিগী মমল খঙবা কুইদ্রি। ”

“ অদুগা, মহাক্কা করম্না থবক পূনবীরুবগে? ”

“ বালা, খঙদেদা, মোহোরীনা অহীং অমা মহাকপু পুরকপনি। ৱাখল চূনরুবনা ঐখোয় অনী তুংদদি ইথা থাদোক্লখিদ্রে। মসিগী ৱাবীসি তোক্লসি। ”

“ ফরে তামো, ঙসিগীদি শ্বাইদা ঐ লেপচরগে। মফম খঙদনা মাঙখিবশিংগী ৱারীসি ঐ য়াম্না তাজনীংঙি। ”

নুমিৎনা কোক্তোন্দা লৈরে। ময়াম চাবা থকপা লোইনরে। অদুবু মখোয় পোৎথানবা মতমদি লৈতে, চৎনবা থৌরাং তৌনরকখি।

খূৎলাই মতিক চানা পায়রবা মী তরামরিগী কাঙলূপ্নি তোখাই লেপ্লিবসি। মখোয়গী মরক্তা বালাগা থানা নুপী অনী য়াওরি। লুচিংবনা ইন্দু। ময়াম্না মঙোন্দা য়েংনরি।

ইন্দুনা মহাক্কী টুপীদু চেকশিন্না শেল্লগা লাউরকখি, “ থন্দর স্কাদ, রিদি? ”

ময়াম্না খুম্মী, “ য়েস সার, রিদি। ”

ইন্দু চৎপা হৌই। ময়ামসু মতুং ইল্লম্মী। অঙম্বা চীংমায় উমংদা ইন্

দুগী মীৎনা নৌনা শেন্বা লম্বীদা মখোয় পূম্নক চৎলম্মী। কূৎনা হৌবা লী তিংখং অমসুং উরী মরক্তা লিৎ লিত্তুনা চৎপদা করম্না মঙম শানগনি। অদুবু মখোয়গী পান্দমদি নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা মোলঙাৎ য়ৌবনি।

য়াচংবা মতুংদা মোলঙাৎ য়ৌরে। চীংদোন অমদা য়ূম তরামুক্তা তাবা খুল অদুনা করিগী অদুক য়াম্না মনুং হঞ্জিন্না লৈরম্লিবনো? মখোয়না হিংলমগদবা পুন্সি মওংদু হংলুদ্রবসু ময়ামদুনা খঙনরে। চেঙ করম্না নিরুগনি? অদুবু উচিন নাচিন চেঙ চোয় মরিগা য়েন অমগা ফংবদগী মখোয় চগেম পোম্লগা লেনখি।

নোংঙানবগা খোঙশাল্লকপা মখোয় তরামরি ব্রারে অমত্তা হায়নদে, খোঙথাংসু হম্থদে। নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা আইসি থুংলে। মফম অদুদসু মখোয় মরাং কায়না চাবা ফংলমদে। পন্থরুবদা হেন্না ব্রাগনি খন্নদুনা, অশন্বা লম্বী য়েংলগা শজিক তম্পাক তম্লকখি। অহীংদা নোং-নুংশিৎ কনবনা মরম ওইদুনা মখোয় কন্না চৎপা ঙমখিদ্রে।

নোংঙানবা পূং নিপাল তাবা মতমদা মখোয় শজিক তম্পাক য়ৌরক্লে। মফম অদুদা মখোয়বু পার্টিগী মীশিংনা ওক্লম্মী। মখোয়গী কেম্পতা চঙদুনা ময়াম অমগা চামিন থকমিন্নরে। লম্বীদা চানবা দবলরুটি, বিস্কুইট, য়েরুম অফুৎপা অমসুং চনানচিংবসু মরাং কায়না হাপ্নরম্মী। হৌজিক্তি য়েক্লবনা লূমদুনা লৈরম্বা যাবগী মবম যাম্না উবে। চেকশিন্দবা য়াদ্রবনি। কেম্পতা হান্না লৈরম্বা মব্দপশিংনা তাক্লকপা শাফগদবা লম্বী ইন্দুনা ইম্ফাল তুরেল তম্না লাক্লে।

নুমিদাং ব্রাইরমগী মতমদা, ঙম্লবা তুরেল তোর্ব্বান থুংলবদা, মখোয় য়ারেকফম খন্নরম্মী। ইন্দু তুবেল লাম্থোক্তুনা চুডাচান্দপুব দিষ্ট্রিক্টকী লমখৈদা চৎপা পাম্লম্মী। তাঞ্জা অদুদা হি অহুম তপ্না তপ্না হোম্থবকপা উই। মখোয় মী নিপান্নি। ইন্দু অঙম্বা নুঙগী লৈবায়দা য়াম্না ব্রানা কুমথবগা হিশিংদু য়ৌরকপা ঙাইরম্মী। ইন্দুনা মখোয়দা কন্না হায়জবদগী অহীং অদু মখোয তরামরিগা হি তোংদুনা চৎমিন্নবা য়ারে। হিংনবা উপায থিবদা মখোয যাম্ন া থাপ্না চৎলগা ঙা ফারুবনি হায়। কান্নফম খঙদনা হম্লকখ্রবনি।

ইন্দুখোয় কাঙবুদু হিনুংদা মখোয়না পুরকপা অচা-অথকশিং চানরগা অদুম লেন্নবা তারে। নোংয়াই য়ৌরকপদা মখোয়গী মরক্তা কোক য়াম্না ঙাওরে, খোঙনা চৎলসি কন্না হায়নরকপা য়াওরে। হিরোয়শিংনসু টায়াং খুল য়ৌরক্কদৌরে হায়না তাকপদগী মখোয় মফম চাবা তোর্ব্বান-লৈরাই য়েংদুনা হিশিংদু থাদোক্লম্মী।

টয়াং খুঞ্জাশিংনা ঈথৈ শেম্বা নূংগী লম্পাক অমদা খূৎলাই নাকন্দা থমদুনা লানঙম তরামরি নূংজ্রেং মথক্তা তিংথোক্লম্মী। কয়াগী মতীক নুংঙাইনা পোৎথাবা ফংলবা। মখোয় নোংঙাদ্রিবৈঙেদা হৌগৎপা তাবনি, পূংজা খরদু য়াম্না পাম্মুজখি।

ইন্দুনা ময়াম্বু মতম চানা হৌদোক্লম্মী। নুংশিরবী তুরেলগী তোর্ব্বান্দনি। খা-ব্বাং, নোংপোক-নোংচুপ চীংশাংশিংদগী হৌরকপা ঈচেল কয়া পুদুনা লাক্লিবীনি। নূংলক্তা চাইখাইদুনা চেল্লিবা ঈশিংনা চীন-য়া, মায়-মীৎ শেংদোকপা লোইনরবা তুংদা, তুরেল খোঙনুংদা মখোয় অমুক চৎপা হৌরম্মী। তিংখাংপাই মপা য়ৌরকপগা মখোয় তরামরি নোংচুপ থংবা তোর্ব্বানলোমদা লাম্থোক্লে। নুপী অনীদু য়াম্না ব্বারম্লগনি খল্লবসু ইন্দু হংবদি তৌদে। মখোয় অয়ুক্কী চাক্লেন সঙাইকোৎ খুন্দা চারুনবা লম্বী ফজনা খঙবা ইন্দুনা চিংদুনা কন্না চৎলম্মী।

লম্বীদা পাউ খরা ফংবদগী মখোয় চেকশিন্না কেমুফ্লাজ তৌরগা টুইনীং মখাগী লোক অমদা পূং অহুম্লোম লোত্তুনা লৈরম্মী। ফিভম য়েংবদা নুংথিল অমা চরা হেনবা তাখ্রে। ইন্দুনা মহাক্কী খোঙলোয়শিংবু পুক্লীং কন্না থৌগত্তুনা অহীংদা লাকখি। হন্দক্তি মখোয় তম্পাক্কী লৌবুক অমসুং চীংয়া লম্বী কয়া লাল্লক্লে।

নোংঙাম্থোরকপগা ইরোয়ননা মখোয় তরামরি কৈবুল লমজাউগী পাৎয়া লমদম য়ৌরে। মফম অদুদা মী নিপান্না মখোয়বু ওকপীরম্বদা কয়াগী মতীক নুংঙাইজখি। মসি মখোয়গী পম্বুংনি, য়ূম য়ৌরবনি।

নুমিৎ তরুক্লিগী মতুংদা মখোয় ঈরুজবা ফংজরে। কুইনা চাবা ফংলক্রুবা ঙা অতেকপা থোংবগী মনমদা ময়ামদু মথূম-মরাঙ হৌরম্মী।

কেম্প অদুদা মী য়াম্না লৈরমদ্রবসু মরু ওইবা কয়াদি য়াওরি।

নুমিৎ নীনি পোৎথারবা তুংদা ইন্দুনা মহাক্কী লাম্নীশিংবু অনী অনী পূলহন্দুনা কাঙলূপ মঙা খায়দোক্লে। মহাক মশামক্তি সর্জন্ট অমা য়াওনা মী অহূম লোয়নরি। ইন্দু নত্তনা, লানঙমশিং অদুগী অশেংবা মমিং অমসুং লৈফম মখোয় মশেল অমনা অমগী, কনাসু খঙদে। ইন্দুনা কৌবা মিংদুনি মখোয অমগা অমগা কৌনরিবা।

ইন্দু মণিপুর তম্পাক্কী মেপ অমা ফজনা য়েক্লগা মহাক্কী মীশিংদা পাৎ, তুরেল অমসুং খুঙ্গংশিংগী লৈফম তাকই। নেসনেল হায়রে অমসুং ষ্টেট হায়বেশিংগী মথক্তা খুঙ্গং অমগা খুঙ্গং অমগা ফাওনবা, মীনা কয়া খঙনদবা, অপিকপা লম্বীশিং মখোয় পূম্নমক্তা ফজনা খঙনবা তাক্লম্মী। সগাংদগী ব্রাঙু তাবা, ব্রাঙুদগী চাইবেন-নূংঙু ফাওরগা তোর্বান লম্বীদা শুগু য়ৌবা, কুম্বীদগী শরিক কোঞ্জিল চৎলগা থোঙাম অমসুং ককচিং খুনৌ থুংবা, ককচিং খুনৌদগী অরোং নোংমাইখোং লাল্লগা সেকমাইজিন্দা ফাওদোক্লুবা, লাংমৈদোংদগী তেজপুর ফাওরগা ককচিং থুংবা, ককচিংদগী তেকচম-তেনথা ফাওরগা খাঙবোক তাবা, খাঙবোক্কুগী উয়ান-থোকচোম বেঙ্গী- পেচি লাল্লগা নোংপোক সেকমাই অদুগা নাকল অমরোমদনা য়াইরিপোক থুংবা, য়াইরিপোক্কুগী অন্দ্রোরোমদা খাইরগা নোংদম-লম্লাই, ফক্লুংদগী পোৎশংবম ফাওরগা ফৈদিঙ্গা-ফয়েং-লমশাং-শঙাইথেল, শঙাইথেন্দগী খুম্বোং-কাংমোং - বিষ্ণুপুর য়ৌবা, যুবেম্বমদগী হৈগ্রুজম-নম্বোল- পুখ্রম্বম -মৈত্রাও- নবান কোনজিন কাঞ্চিপুব, ব্রাইথৌদগী থীয়াম-শন্দ্রোক-ইরিলবুং যৌবা; ময়ামসিদগী হেন্দোক্কুনা চীং মচা কয়া লাল্লগা তম্পাক্কী খুল অমগা খুল অমগা ফাওনবা লম্বী কয়াসু কুপ্না খঙহনখ্রে। তুংদা মখোয়বু ইম্ফাল শহরগী লৈকাই ময়াম অমদি লম্বীশিং খঙহনবদা মতম চঙনা ইন্দুনা তাকখি।

ইন্দুনা তম্পাক্কী লম্বু শরুক মঙা থোক্লা য়েন্থোক্লগা মী অনী অনীগী, য়েৎশিন্নবা তৌদনা, কোল্লুগদবা শরুক ওইহল্লি। বালা অমসুং মহাক্কী মরূপকীদি ব্রাবগাই-ককচিং লমদমদা থুংলে। মখোয় অনী মথং অয়ূক্কী পূং তরেৎতগী ককচিং তমগদবনি। মোইরাংদগী বসনা ইম্ফাল

ফাওরগা শাংনা চৎকদৌরি। মখোয়বু, ককচিং বাজার য়ৌফাত্রিঙৈ, চান্দেল পার্কিংদা পাটিগী মীনা ঙাইরমগনি। মদুগী শক্তাক খুদম অমসুং খঙন-ব্রা ফজনা, শুগাইনা তাকপ্রে।

অহীং অদুদা ইন্দুনা মহাক্কী খোঙলোয়শিংগী খূৎলাই পূল্লপ খোমজিল্লম্মী। থৌরাং পুম্নমকসিগী পাউ ব্রায়রলেসতা পীনবা লোইরে।

হন্দক পার্টিগী লুচিংবশিংনা ইন্দুদা শিন্নরিবা থবকসি মণিপুরগী প্রজা মীয়াম্না লালহৌলুপশিংগী ঈহৌদা করি খল্লিবগে, তম্পাক্কী লালহৌলূপশিংগী মরক্তা করম্বদনা খরা হেন্না থাজবা থল্লিবগে হায়বা অশেংবা, মরীক চুম্বা রিপোর্ট অমা খোমগৎপনি। অদুগা লোয়ননা মখোয়গী মেম্বরশিংনা তম্পাক্তা করম্না লোৎকনি হায়বগী অনৌবা ট্রেনীং শরুক অমসু ওইররি। মরম অদুনা ইন্দুগা লোয়নরক্লিবা মীশিংসি মতীক চানা লাইরিক হৈরবা, বুদ্ধি লৌশিং থৌরবা নহা ঙাক্তনি।

খুদোংথীবা কয়াবু মায়োক্নরগে খন্না, অকিবা য়াওদনা থাংলিবা বালাগী খোঙনি। মহাক মোমোন নোক্নুনা মতাগা লোয়ননা অচৌবা পাংয়া কেম্পতগী মপান থোরকখি। থা অনীগী মতুংদা মখোয় মফমসিদা অমুক উনরগদৌরিবনি হায়বা নীংশিং নীংশিং মহাক লাক্লম্মী। মমানা মাবু উনীংলমগদবদু খল্লবসু কাউথোকপদি তমপ্রে।

থা অমগা মখায়গী তুংদা বালা তেক্তা কায়দনা, খুদোংথীবা থৌদোক অমত্তা নংদনা, পুক্নীং-ব্রাখল য়াম্না চাউথোক্লা হল্লকখি। ম্যুনিসিপাল টাউন, অচৌবা-অপিকপা খুঙ্গং কয়াগী, হিরম খুদিংদা য়াম্না খঙ-হৈরবা, শান্তি পাম্বা, নোম্বা কনবা, চাউখৎপগী লম্বীদা খুমাঙ চাউশিনবা পাম্বা, শান্না উবা মীৎয়েং অমসুং ফজবা লোনচৎ শাজৎপু ইকাই খুম্নবা প্রজা চা কয়াগা হকথেংননা ব্রারী শান্নবগী তাঙ্গা লৌরকই। হিংনবা হোৎনবদা ইজ্জৎকী ব্রাফম কাউথোক্লবা মীওই কয়াগসু উনরকখি। শিন্নখিবা হিরমগা মরী লৈনবা রিপোর্ট য়াম্না মচা তানা অমসুং কুপ্না ইদুনা পুরকখিবী বালাগী হৈ শিংবসি খল্লুবগী ব্রাংমদনি। ইন্দু য়াম্না পেল্লম্মী অমসুং পুক্নীংদা বালাবু লোন্না থাগৎলম্মী।

অতোপ্পা মরুপশিং থুংলবা ঙাইবদা বালা কেম্পতগী চৎথোক্তনা পোৎথারি। মরকসিদা ইন্দুদি থাঙ্গা কারাং, ফাবাকচাউ-তেরাদা তত্তনা হিনা লোক্তাক পাৎ লাম্থোক লানশিন চৎলি।

নোংমা নুমিদাং অমা মমীৎ ফিনা চেৎনা খুন্নবা নুপা তরুক বালাখোয়না লৈরিবা কেম্পতা পার্টিগী মীশিংনা পুশিল্লকখি। কেম্পগী অহলনা মখোয়দা ব্বা হংবদু বালা তারম্মী।

অহলনা অহানবা নুপাদা হংবা হৌই, " নমিং করি কৌই? শেংনা শেংনা হায়য়ুকো। "

" লোইতোংবম সুরচান্দ কৌজে। "

" লৈফমদি? "

" থাংমৈবন্দগীনি। "

" করি ফম পায়বগে? "

" ইজুকেসন এস.কী য়ু. দি. সি. ওইজে। "

" নহাক্কী থাগী তলব কয়ানো? "

" লূপা লীশীং তরা চনী হুম্ফু ফংজে। "

" ইমুংগী মীশীং কয়ানো? করি করি থবক তৌনৈ। "

" সার, ঐখোয় মী তরুক্কি — ঐগী নুপী, ইচা অনী, ইনাও অমগা ইচল অমগা। তলব চাজরিবসিদি ইথন্তনি। "

" ননাউগা নচলগদি করি তৌরি , নঙগী নতেং পাংব্রা? "

" সার, মখোয় ছাত্র ঙাক্তনি। অনীমক দিল্লীদা লাইরিক তম্লি। "

" মখোয় অনীগী শেল নঙনা হুল্লি, নঙগী তলবনা ইমুং-পুবদা ব্বানা থোকই, লেম্ফম লৈতে, য়ানীংব্রা? "

" চুম্মী, সার। "

" অদুদি নহাক্না তোংলিবা মারুতি জেন, লূপা লাখ কুন চঙনা শারিবা য়ূম, লমশাংদা লৈরিবা লৌ পরী নিপাল, নুপী অঙাংশিংনা সিরিবা সনা ময়াম, বেঙ্কতা লৈরিবা অচৌবা একাউন্ট, কদায়দগী শেলনো? "

য়ু. দি. সি. ঙাইহাক তুমিন লৈরুই, খল্লগা খুন্নকখি, " সার,

শেংনা হায়জরবদা মসি ঈশ্বরনা পীবীবনি।”

অহল নোক্লম্মী, “ শেনফু খুনখিব্রা? ”

“ হায়বদি অসিনি সার, ঐনা এল.ও.সি. অমসুং গ্রান্ট -ইন-এইদকী ফাইল দিল তৌজরকপসি চহী নিপাল শুরে। ব্রানোম্বা য়াম্না লাকই। ঐ শেল চাবসি কয়া পামজদবনি। অদুবু ঐগী অকোয়বদা ফম্বা অতে কেরানীশিংনা দালান মথোল মথোল শাগৎনরকপগী অমসুং একাউন্ততা শেল য়াম্না থম্নবগী ব্বারী তৌনরকই; লব্বাইদা লৌ লৈশিনবগী ব্বা ঙাঙনরকই। ঐ তাবা কুইরকপদগী ব্বাখল অমা লাক্লে, ফাইল ফাবা হৌরে। ব্বানোম্বা লাকপশিংনা ইনবেলপ্তা শেলশীং ইরগা ঐগী দ্রোব্বরদা হাপচিল্লে। মদু ওফিস মতম লোইদুনা ময়াম চৎনখ্রবা তুংদা ঐনা লৌথোক্লগা তঙ্খাই অমা দিরেক্তর অমসুং অতে ওফিসরশিংগীদমক পীরল্লগা অরেম্বদু য়ূমদা পুরকই। মদু থীরুবদা, করিগুম্বা তান চাবা নুমিৎতদি, লূপা লীশীং কুপ্তুাকা শুরম্মী। য়ামদ্রে হায়বা নুমিত্তু তরাদগীদি তাদ্রে। ”

“ য়াম্না নুংঙাইজে নঙগী ব্বারীসিদা , লক্ষ্মীনা মায় ওনশিল্লকপবু তাম্হোকখিবা য়াব্রা? নহাক্লুম্বা কর্ম্মচারী লীশীং লীশীংগী, সেক্রেটরিয়েত্তা, ইন্দষ্ট্রিদা, রিবেন্যুদা, শম্না হায়রবদা দিপার্টমেন্ট খুদিংমক্তা মান্নবা ব্বারী তাজরে। মখোয় পূম্নমক ব্বানোম্বা লাকপশিংগী ফুরিৎখাউদা মখূৎ থিংজিনবগী লৌশিং পায়। পীরমদ্রগনা ফাইল ফায়, থবক তৌবীদে হায়বসি ফোংনা ঙাঙনৈ। চৎনবীনি লৌনখ্রে। প্রজাসি অচুম্বা পাম্মীদি হায়, শেংদবা অমোৎপা থবক্তি অদুম হৈনৈ, মশিল ওইনৈ। য়াম্না নুংঙাইজরে, নহাক্কী হৈ-শিংবনা অচৌবা শেলফম তানশিনবীদুনা দাইরেক্তর, কমিসনরশিংদগী হেন্না ইনাক খুনবীবা। মখোয় মশাবু ঈশ্বরনা থারকপা থোইদোক হেন্দোকপা বুদ্ধি চেল্লবনি খঞ্জবা ওফিসরশিং অদুগী মরমদসু নখোয়না খঙবা য়াম্না লৈরমগনি। ফরে, মখোয়বু নখোয়দগী হেন্না পৈসা তানবা হৈতে হায়বা নত্তেকো ঐগীসি। হৌজিক নহাক শেল চাবা অমসুং নমথাক্লা মরম ওইরগা সমাজগী য়েক্লবা ওইরবনি। পার্টিনা পীবা দণ্ডি য়াবা তারবনি। ”

য়ু. দি. সি. কপ্লকখি, মখূৎ লোম্নদুনা হায়জরকই, “ সার, ঐবু

কনবীয়ু, হাৎপা তুঙ্গদি তৌবীগনু। ঐ মতুংদা লূপা অমা ফাওবা চাজররোই। ”

হিংচাবীনা শোনবা শরীবু কনানা থাজবগে? নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা লৈখোম লৈনাং মরক্তা মখ্বাং তেকখে, স্বর মপী হোন্দুনা থবক শূরিবা লৌমী অমগী খূৎশুমল কয়ানো খঙব্রা? ”

“ সার লূপা য়াখ্রেনি। ”

“ নখোয়গীনা লীশীং তরা! ফজরি! ”

“ সার, করিগুম্বদা ঐনা তুংদা লূপা অমত্তং চারল্লবদি হাৎপদা য়াজরে। ”

“ অদুদি নহাক্না য়াম্না লায়না তানখিবা লন ইরায় লায়না অমুক পার্টিদা পীবা তারে। নহাক্কী প্রোপরটিসি ঐনা পাবদা ক্রোর অমদি লৈরে। মরম অদুনা, মদুগী তঙ্খাই লূপা লাখ য়াঙ্খেদি পার্টিগী ফণ্ডা, মীয়ামগীদমক ঙসিদগী নুমিৎ তরানিগী মনুংদা পীগদবনি। পৈসাদু পীরবা নুমিৎতা নহাকপু থাদোক্কনি। নরানগী হায়রবদি অহকপা চৈরাক পীবা য়ারবনি। অদুবু শেংনা নরান য়াজরবনিনা নখোঙ অমা মাঙবদগী হেল্লরোই। ”

“ সার ঐ শেলদু পীজগে, মদুতদি তাকপীগনু। ”

অহলনা লাউরকখি, “ মসি পুথোকখ্রো। ”

ময়াম তুমিন তুমিন লৈনে।

অহল মথং নুপাদুদা হংলকখি, “ প্রধানগী মিং করি কৌই? ”

মশা-মউ ফবা, চিরাই তাঙবদুনা মমিৎতা পুল্লিবা অমুবা ফিদা অমুক্তং নাল্লগা খুল্লকখি, “ অনৌবী কৌজে। ”

“ ভোট লেপ্পমদাইদনা প্রজাগী শেল শিকি অমা মাঙহঞ্জরোই, খুঙ্গং চাউখৎ থৌরাংদা থম্মোয় শেংনা থবক তৌগনি হায়না ৱাশকখ্রগা অদুক য়াম্বা মীয়ামগী শেলবু লন্নাই ফুরিৎখাউদা হাপ্তুনা হৈনথোক্লিবদি করিগীনো?

“ সার পার্টি ময়ামগী পার্সেন্টেজ পীনবা তকশিল্লকপদা ঐ থবক অমত্তা পাঙথোকপা ঙমখিদে। ভোটতা মীঙোন্দগী পুশিল্লুবা শেল শিংবা ঙল্লক্ত্রবদা, তৌফম খঙদ্রদুনা ঐনা মচিৎ মচিৎ লৌথোকচখিবনি। ”

অহলগী ঈঙ্গিৎতা নাকন্দা লেপ্পা লানঙম অমনা লীচৈনা প্রধানগী য়াঙলেন্দা শাহ্নে। প্রধান্দু লৈমায়দা উপ্পা তাই।

" ঐবু কনবীয়ু। " প্রধান মখূৎ লোন্নদুনা লাউরকখি।

অহলনা তকখৎলি, " হায়য়ু কনা কনাগী পার্টিদা কয়া কয়া পীখি? "

" পীখিবদি লৈত্রি, শোৎথরবা খুঙ্গং শেমগৎ শাগৎনবা শেলফম্নি, পার্সেন্টেজ লৌবীগনু হায়নরি। "

" অদুগা, নহাক্না ঙাওশিন্নদুনা, মীনম্বা ৱা ঙাঙদুনা মীয়ামগী শেল মাঙহল্লিবদি করিগীনো? মীয়ামগী মীহুৎ ওইরিবা, ভোট কাদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌগনি হায়না চোংথোক্লিবা মন্ত্রী, এম. এল. এ. সরপঞ্চ, প্রধান নখোয়না হূরান লোনচৎ চৎলকপদগী লৈবাকসি মথক- মখা ওল্লে, শালাক শারে। ইচম চমজরবা মীসু ভোটপু কাখ্রবদি মতাৎ হৈবা ব্যুরোক্রেট ওফিসরশিংনা ' সার ' কৌরে হায়বা নাপন্দা মী হেক্তা উখিদ্রে। প্রজাশিংসু মখোয়না থাগৎপা, মখোয়গী পাউখোল্লোইনি হায়বা কাউরগা লাই ওলহন্দুনা হঞ্জিন হঞ্জিন খুরুম্নরি, করিনো লৈবাকসিগী মতৌসি। মসি লমদম অসিদা শিংপা নুংশিংনবু থোকহল্লিব্রা? অদুগা নুংশিং অসিবু শুংলিবনা ভাব-তাবা শাবা লমচৎ মাঙলবা কাঙবুদুনা হোন্দোরকপা স্বরনা। মদোমদা য়েংলুরবদি ঐখোয়গী ইরমদগী মীশিংসি তুম্না মাঙহনখ্রগা অনৌবা মচু শেংবা ফুরুপ অমা নৌনা শেমগৎপনা চুম্লবনি। প্রধান, নহাক্না অহল-লমন, নুপী-অঙাং, চমজরবা খুঞ্জা কয়াবু লান্না লমজিংনবা হোৎনবগীদমক চৈরাক খরা ফংবা তারি, নশানা য়াজরগদবনি। চৈরাক্তি হৈ-শিংলবা কেরানীনা ফংগদৌরিবা অদুনি। "

অহলনা লানঙম নহাদা প্রধান্দু মপাল্লোমদা পুথোকখিনবা ইঙ্গিৎ পীরম্মী।

প্রধান কপ্লকখি, " ঐগী থৱায় কনবীয়ু। "

অহলনা ফমহৌরিবা, মথং নুপা মশা নানবদুদা হায়, " শকহেনবা নঙগী নমিং অমুক হায়য়ু। "

" সুনিল কৌজে। "

" কদায়দগীনো? "

" য়ৌরবুংদগীনি। "

" নচা কয়া লৈরে। "

" অহুম শুজরে। "

" নুপী কয়া লোল্লি? "

" লোঞ্জদে, অমত্তনি। "

" নুপী কয়া শুরে নঙনা ইজ্জৎ মাঙহল্লিবা? "

নুপাদু খুল্লক্তে, ৱাহংদু য়ানীংদবগুম ৱৌদেল্লকখি, " ঐ মদুগুম্বদি তৌজদে, সার। "

অহলনা নুপাদুগী মমায়দা খূবাক্লা অনীরক নোৎশিল্লগা মচীন্দু লৈবাক্তা থুহৎলি, " শেংনা খুম্মু। লাল্লে হায়জববশিংদি কনবীখিবা মশীং য়ামখ্রবনি। নঙনা হিপমিন্নখিবা নুপী মশীং হায়য়ু। "

নুপাদু তপ্না মচীন কাথোরকখি, " নিপাল শুরে। "

" লৈশাবী কয়ানো, মৌনা কয়া? মশানা য়াদবনা কয়া? "

" সার, মশানা য়াবা ঙাক্তনি। লৈশাবী অনী, অদুগা মৌনা তরুক। "

" মৌশিংদু মৱা লৈব্রা? "

" অনীদি লৈ, মরিদি লৈতে। "

" মখোয় মশানা য়াই করম্না হায়রিবনো, মরম হায়য়ু। "

" মখোয়গী ৱাকৎ লাকখিদ্রিবসি য়াবগী খুদম্নি। অদুগী মথক্তা মতম কুইনা মরী লৈনবসু য়াওখি। "

" হৌজিক ৱাকৎ লাক্লে, নঙনা নমজা-নমথেক্লখি হায়রি। "

" ঐনা ৱাশক ঙাকপা ঙমদবদগী মখোয়না অদুম্না হায়রকপনি। "

" করি ৱাশক? "

" সনাগী লীক মরী অমা শাবীগনি হায়খি। এদবান্স লূপা লীশীং অমা পীরগা মথং লূপা লীশীং তরানিথোই চামঙাদি পীবা ঙমখিদ্রে। মদুগী মলোমদা ঐনা রেপ তৌরে হায়না মহাক্লা লাউখি। "

" মসিদা নঙগী মীনম্বা ৱা অমত্তা য়াওদ্রেকো? "

" হায়জরিবশিংসি অশেংবা ঙাক্তনি, সার। "

" ফরে, হৌজিক লমচৎ নাইদবীশিং অদুগী মমল নহাক্লা পার্টিদা লূপা লাখ নিপাল থীবা তারে। অদুগা তুংদা নুপী থিবা কোইচৎ চত্তনবা দণ্ডি অমগা ফংলগনি খঙঙু। "

অহল ফম্লম্বদগী হৌগৎলক্লে।

তুংদা লেপ্লা লানঙম নহানা হায়রকখি, " সার, তলব মরেপ থুম্না ফংলগা থা অমদা অনীরক শুনা কলেজ কাদবা, মতম চুপ্পা শানৈ য়ুনৈদুনা লৈবা ওজা অমগা, থবক শুক্তৌ তৌদনা বিল লৌথোক্লগা অহীং অমদা দলান মথোল মরী শাবা ঠিকাদার অমগা, লালহৌলূপ শাদুনা মীয়ামদগী শেল খায়বা অমগনি লৈবিবসি। "

" লৈবাকসিদা অঙাং লাইবিক তাকপীগনি খঙদবা তলব লেম্না ফংবা, ওজানা থল্লবনি। ঠিকাদারগী ব্রাদুদি, মখোয়গী বিল হূরাল্লগা লৌথোক্কুনা শেল য়েন্নরিবা ইঞ্জিনিয়রশিংদু য়াওনা ফারকউ, লেম্না থারোইদবনি। " অহল লানঙমদুদা চেকশিন্না শিন্নৈ, বিচার লোইরবশিংসিগী রায় ঙাক্লা চৎকদবনি। মখোয় অহুমসিগীদি হয়েং তৌরসি।

মমীৎ ফিনা খুম্বা অহুমদু পুথোকখ্রে। অপিকপা শঙ অদুদা অহলগা ইন্দুগা ফমহৌবি। ঙাইহাক মপান থোক্লবা বালা চঙলক্কুনা মখোয়গা পূল্লরে।

বালানা হৌদোকই, " সার, ব্রাফম অমত্তং নীংশিংজগে। "

" করি তৌরে বালা? হৌজিক্কী বিচারদুদা নহাক্লা পেন্দবা য়াওব্রা? "

" য়াওজদে , সার। ঐগীসি অতোপ্পা ব্রাফম অমনি। "

" করিনো খন্নসি। "

" ঐগী মিসন মনুংদা থৌদোক খরা থেংনজরকই, হায়বদি হন্দক ঐনা মফম খরদা চৎচরুবসিদা — লাংমৈদোংদগী য়ু শুংবা নুপা অমা কাপ্পুনা হাৎপীখি। সাপমদগী নুপী অমবুনা মফৈদা কাপ্লদগী লায়কন্নহৌই। মখোয় মখোয়গী লৈকাইগী মীশিংনা তল্লকপদা অনীমক লময়োনা লাইরবা ঙাক্তনি। শিখিবা নুপা অদু শূফম চৎফম ফংলক্তবদগী মাগী ইমুংদু, নুপীগা পিক্লিবা

মচা অনীগা, চরা অনী শুনা চারক্তবা কুইরবনি হায়। লমদম অদুদসু, মণিপুরগী অতৈ মফমশিংগুম, শূফম চৎফম খঙদবা মী য়াম্না লৈ, মখোয় য়াম্না ৱানা হিংনৈ। মতু মচা হুন্দোকুনা অথাপ্পা চীংনুংদা ঠিকাদারগী থবক শূবা চৎলুবদা চীংগী লালহৌবশিংনা থীমন্না ফুরকপদগী কুইনা হোস্পিতালদা লৈরুরে। তুংদা মহাক অকনবা থবক শূবা ঙমখিদ্রে হায়। মতুনা মচা অপিশক পুদুনা ইম্ফালদা লল্লোন ইতিক হোৎনৈ, ইমুং পুবদি ঙমশিল্লক্তে, মচাশিংগী মফি মরোল থোনবদি লাইরদনা মপুক থন্না পীজবা ঙন্নক্তে। অঙাংশিং অদু তোয়মন্না হুন্দোকপীবদগী নারে। মমা মপা অনীমক্কী মখোঙ পুল্লে ; শেঙ্খোক পূমতৎ তৎলে। ফিভম অসিদা মখোয় অনী য়ু শুংবা তাখি। লাইরমনবনা অথিংবা থবক্তু তৌনবা ইনশিনখি। হৌজিক লুখ্রা ওইহৌরবী, অপিকপা মচা অনী য়োক্লবা হোৎনহৌবী নুপীদুগী ফিভম য়েংবদা অৱাবগী মশক্লি। অঙাওবীগুম হিংহৌই। ঐ অঙাং অনীদু উবদা কপ্তুবা ঙমখিদে। ”

অহলনা থৎলি, “ বালা, য়ারোই নহাক থম্মোয় অদুক য়াম্না শোল্লবদি। ”

“ অদুগা সার, ” বালা মখা তায়, “ সাপম নুপীদুগী ৱারীসু লাইরবনি। মহাক মচা অহুম য়োক্লবা হোৎনরিবী, তেঙবাংবীনবা কনা লৈজদ্রবী লুখ্রাবীনি। নুংশি হৈতবা নুপাশিংনা মশা য়োন্নবা থেল্লখি। তেঙবাংবীবগী মহুৎতা হন্না হন্না ওৎতুনা ইকাইবা পীরবদা মহাক য়াম্না ৱানা খাঙখি, তত্তনা কপচখি। তুংদা মচাশিংদু য়োকপা ঙম্নবা য়ু য়োনখিবনি। হৌজিক মহাক শূবা নোম্বা ঙমদ্রবদা লৈকাইগী মীশিংনা অঙাং অহুমদু ওরফান হোমদা থম্লুনবা খন্নহৌই। ”

“ খঙলে বালা, নিশাগা মরী লৈনবা পোৎশক্তা অথিংবা থমদুনা অচঙবা সমাজ অমা শেমগৎনবা হোৎনবদা ঐখোয়না মীওই কাঙলূপ খরগী হিংবগী লম্বীসু মাঙজৌননা শিনবীফম থোকপা লৈরে। ৱাফমসি ঐ মথংগী অচৌবা মীফম অমদা অমুক্তং পুখৎতুনা য়েংগে। অদুবু ইবেম্মা, ঐখোয়গী লমদম অসিদগী ফক্তবা, মীয়ামগী মাঙ তাক্লিঙাই ওইবা থবক,

লোনচৎ-শাজৎপু মরু ফংনা মুথৎপা হায়বসি তঙাই ফদবনি। মদুদা মায় পাক্লবদি ঐখোয়না তাল্লিবা নীংখা তম্বগী পান্দম তঙ্খায় অমদি ফংলবনি। ”

বালা অহানবা ওইনা মহাক্কী ব্রা মথক থোংবশিংনা তাবীরে খন্না য়াম্না হরাওজখি। মহাক মতা মখোয় অনীগী শঙদা তপ্না লাক্লম্মী। মহাক্কী মমাদা পি. সি. ও. দগী টেলিফোন তৌবা চৎখিবী মতানা হল্লকপা ঙাইরম্মী। মহাক্কী কৎথোকপগী ব্রাখন্দা মমানা করি হায়রকপগে হায়বদু য়াম্না তানীংখি।

# ২৫

নুংথিল ঙাইহাক হিপ্পুবা শকুন্তলা নীংশিংবা অমা লাকপদগী মতম খরা পায়খৎলুদ্রবা অচৌবা খাটা উপু মনুংদগী লৌথোক্কুন মখা পাথরকখি।

— য়েরুম, মাইরেল অমসুং ঙা অকংবগী মথেল অহুম্নি অনিসানা থোংখিবদু। গম্ভীর য়াম্না হাওনা থোকখ্রে, ফনা ফজনা চাখি। য়ুম্নুশিংগী নুংশিবা মতৌনসু মহাক ময়ূমগুম খন্দোকপা ঙমখিবনি।

চাক চাবা লোইরবা মতুংদা খুল্লাকপগা গম্ভীরগা মপান্দা ফল্লম্মী। লৈমায়দগী ফুট অহুল্লোম ৱাংবা উনিংথৌ উবাক্কী কাংথক মাঙ্গোন্দু চপ চানা চাউই। অকোয়বদা, লৈরোং শেল্লবা উবাকশিংনা শাবা রেলিংদুসু য়াম্না ফজে। গম্ভীর ৱারী শানা - শানা অথাপ্পা চীংদোনশিংদা য়েংঙি। ফূইনা হৌরকপা নোং পুবা অমুবা লৈচিল মপৈ মপৈ, খা-নোংপোক্কী অৱাংবা চীংজাউশিং লান্দুনা মৈতৈ তম্পাক তম্না নংহৌররোই মতাগুম পাইশিল্লক্লি। অমুবা লৈচিলশিং অদুনা য়াম্না থুনা নোং ওন্থোকখিবসু মহাক অদুম য়েংলম্মী। চীংয়াগী উয়ূং পান্বীশিংদা নপ্পুনা খোংলকপা হারিগী য়াক্লবা খোঞ্জেলনা পূম্নিল নিল্লে। মরক মরক্তা খোংলকপা য়েন্বাশিংগী অহৌবা খোঞ্জেলনসু মহাক লমদম তান্নবা খুঙ্গং অমদা ফল্লি হায়বা হেক হেক নীংশিংহল্লি। কাংথক মখাদনা ওক্লাউ , হূইনাউ অমসুং য়েন্নাউশিং তান্নবগী পূম্নাও লাওলি।

খুল্লাকপনা হংঙি, “ নওগী কাসেন ছুটিদি লোইগদবা কয়া

ঋাৎপ্রা? ইতাও নপাদি অনা-অয়েক য়াওদেকো? ”

“ হোয় ইপা, পাবুং করিসু তৌদে, থবক কন্না চেল্লি, পোৎথাববু ইফং ফংদে। ঐগী ছুটি লোইগদবসি নুমিৎ মশীং য়ামদ্রে , নকশিল্লক্লে, কুইনা লৈবা য়াররোই। ” পাউখুমসি মী অতৈসু তাহন্নীংবগুম গম্ভীর ইমুংলোমদা য়েংলম্মী। “ থা তরুক লৈরগা খৃষ্টমাস মতমদা অমুক ঐ য়ুম থোরক্কনি। পাবুংনা ঐবু মথং নিংথৌকাবা নুমিৎতা এরোপ্লেন্দা চৎলু হায়রি। ”

“ ফৈ ফৈ, কন্না তম্মু। ইঞ্জিনিয়র সাহেব ওইবা ঙম্নবা কন্না হোৎনগদবনি। ” খুল্লাকপা ঙাইহাক লুকথরুরগা হায়রকখি, “ নঙগী ইমা ইচন্দু মপুক ফবনিদা। নপাগা ঐগা ইতাও ওইবদি ঙসিগী নত্তেকো। আ জোনোষ্টোন স্কুলদা ক্লাস থ্রি তম্বদগীনি। ”

“ ঐখোয়গী পাবুংনসু ইপাবু য়াম্না নুংশিনা শোল্লি। ”

“ মাদিনে ঐখোয়না আ চীংনুং খুন্দা পাল্লিঙৈদা চীংলৌদা ফৌ য়ৈবসু য়াওই, চকপী মরুদা ঙা ফাবসু চৎমিন্নে। ”

মদু নুংঙাইরমগনি খন্না গম্ভীর নোক্লম্মী। অনিসা লুখাক-চগুম শেংবা লোইদুনা মখূৎ তৈথোক্লগা মপান থোরক্লে। মহাক্লা খজিক্তং মোমোন নোক্তুনা য়েংলকপদা গম্ভীর শ্বাই পাখৎলি, স্বর চপ লেপ্পি। ইঙাও ঙাওনা হায়দোকখি, “ অস! ”

“ করি ইচা, নঙদি অদুকুম্বা হৈনেরোই হায়ব্রা? ”

“ নত্তে ইপা, য়াম্না নুংঙাইরমগনি খঞ্জরিবনি। ”

“ খৃষ্টমাসতদি নঙ সিদা লাকউকো। ”

“ লাকচগে ইপা। ”

অনিসানা ইমুং অমসুং মপান্দা তোয়না চৎপদু গম্ভীর য়েংবা ঙমদে। ঋারী শান্নহৌররোই হায়না ঋাজবা হেনগৎলকখি। গম্ভীরনা হনখিবদা হাপ্প বা খুল্লাকপীনা ময়োম অমা শেল্লি। কংলায়েন মেরুক অমা, লোম্বা মপুন অনীগনি। খরা য়াম্না পীহন্নীংবনা অনিসা মদুদসু য়েংঙি।

“ অদুদি ইবুংঙো, নঙ ফমখোকো , থেঙনদি হনগনু। ঐ চর্চকী মিটিং অমা চৎকে। ” খুল্লাকপনা হায়।

" ফনি ইপা। "

খুল্লাকপা শীদা য়ানবা অশংবা অমসুং অঙৌবা মচুনা য়ুংনা য়ুংনা লাংবা ইন্নফি অমা লেংবান্দা য়াল্লগা কাংথক্তগী কূমথশ্রে।

গম্ভীরনা ইমুংলোমদা য়েংখিবদা থোঙবা পায়দুনা লেপ্লিবী অনিসানসু মঙোন্দা য়েংলমখি। মখোয় খংলে নৈথোক্লে। খুল্লাকপী থোরক্তুনা গম্ভীরনা ফল্লিবা অশাংবা ফালগী মচিদা পোৎয়োম অমা থল্লরে।

খুল্লাকপীনা হায়, " মসি ইবুং বি. দি. ও. না পাম্বনি, পুখো। নতাও লুইসতি খরা থেঙলক্কদবা মাল্লে। ঙাইবা ব্রাগনি। "

" করিনো ইমা, পীদ্রবসু য়ারবনি। "

খুল্লাকপীগী মীৎয়েংদা থেঙখ্রগনি হায়না গম্ভীরদা তোয়না হায়বগুম তৌরে। গম্ভীর ঘড়ী য়েংঙি। পূং অনী তারে। মহাক ঙল্লি খল্লি, নুংথিলসু শাংবা মতম্লি। ব্বারী শাফমদি খঙদনা অসুম ফমদুনা লৈনীংলি। ঙাইহাক কন্না হৈথরম্বা নোং হাংখিবা কুইরবনি, অতিয়াসু শেংদোরক্লে। অকোয়বগী চীংশাং পল্লোন, চেংহী-শম্বাল লাংলুবী নুজাশিংগী পাংখক্তা তরু তরু লেপ্লম্মী। উরোকশিংগী পরেং পবেং মখোয়না থোনবা লিক্লু ওইনা উই।

খুল্লাকপী ব্বা অমা খংনীং নিংশিংলকপগুম হায, " ইবুংঙো, চান্দেলগী অরোইবা গাড়ীসি পূং অনীদনি। "

" অদুদি ইমা, ঐ থোকচরগে। "

গম্ভীর পোৎয়োম পায়দুনা হৌগৎলক্লে। খুল্লাকপগী য়ুমদগী থোরকখিবা গম্ভীর মশাদু ইহাঙ হাঙঙি। মখোঙ লূম্না থাংলকখি।

চহী খরগী মতুংসিদা গম্ভীবগী নীংশিংবনা পুরকখিবা অনিসাগী অঙাং ওইরিঙৈ শকফম্বু লৈশাবী অমনা শিল্লক্তুনা মীৎমাঙদা অসুম লেপ্তুনা লৈরবদা মহাক মশাসু পাখং ওইরবনি খঙহল্লক্লে। থম্মোযনুংদা মৈশা লাংলে, হায়ফম খঙদবা চৈনা অমা খাঙলি, পুক্লীংবুসু লৈতাহন্দে, ওৎলি। অনাবদগী হেন্না ব্বায়। মসিবু কোকহন্নবা উপাযদি অনিসাগী থৌজান পাউখুম অমনা ওইগনি হায়বা মহাক খল্লক্লে। পাউখুম অদু ফংনবা কবম্না তহা তহা

তকশিল্লুগদৌরি? কিসু কিরিবনি, খল্লুবগা তাইওন্নরল্লবদি। চিঠি ওইনা পীরুসিরা, মীনা তৌনবগুম। লৌ হায়বা য়াদ্রবদি করম তৌবা?

কালেন ছুটিগী মতম লোইশিল্লকপগা লোয়ননা গম্ভীর য়ুম থাদোক্কদবা নুমিৎ হুম্নি খক্তুং ঙাইরে। মহাক অয়ুক্কু মপাগী অয়াবা লৌনীংলবসু য়াম্নদি কিজখি, থৌনা ফুদোকপদা মতম চঙখি।

কোমলাথাবীদা নৌনা খঙনবা, মীরৈবাক্তা লৈরুবা, মরূপ অমদগী লাইরিক অমা বায়দুনা পুরক্লগা মপা খুল্লাকপগীদা কাউরল্লে, মদু লৌরুদবা য়াদ্রে হায়রগা মপাগী অয়াবা ফংনবা হোৎনবদা গম্ভীর মায় পাক্লে। মোতোর সাইকল পুদুনা চৎকে হায়বসু য়াবীরকখি। পাখৎ গম্ভীর মপাং কনা য়াওদনা, মথন্তা মখা মায়কৈ পাংনা মোতোর সাইকল থৌরক্লে।

কোমলাথাবী নকশিল্লকপদা মহাক খুল্লাকপগী ইমুংদা করি হায়সিগে খনবদা মিহুন কনখৎলকই। উপায় অমা ফংলে। মতাও লুইস উনরমদনা চৎখিবা নুংঙাইতবদগী লাকপনি হায়রগে খল্লম্মী। গম্ভীর অপনবা লৈতনা গাড়ী থৌজিন্দুনা খুল্লাকপগী শুমাঙদা লেপ্লম্মী। ইমুংদুগী মীশিংতা নত্তনা নক্লবা য়ুমশিংদগীসু মোতোর সাইকল মখোল তাবদা অঙাংশিং থোরক্কুনা গম্ভীরদা য়েংনরম্মী।

য়ুম্বু খুল্লাকপনা লাউরকই, " অয়া! ইচানুপা, নঙ অমুক লাক্লে? "

" হোয় ইপা, " গম্ভীর মমায় ঙাংতক খুম্মী, " নহান্দু ইতাও লুইস উনরমদ্রে। অসুম খল্লুবদা নুংঙাইরক্কবদগী লাকচরিবনি। ইতাওবু লৈতব্রা? "

খুল্লাকপনা মখোয়গী তোঙানবা লোন্দা মচা লুইসপু থাগুক লৈবা য়ুম অমদা ওন্দুনা হৌনা কৌই, গম্ভীর লাকই হায়না তাকখিবনি। কাংথক মাঙ্গোন্দা লেপ্লিবী অনিসা ইপা পাখৎনা উই। মহাক গম্ভীরগা মায়োক্লবা ঙমদনা ইমুংদা লৈশিনখি।

লুইস চেল্লক্কুনা গম্ভীরগা খুৎ শোক্লরম্মী, মতাওবু তরাম্না ওক্কুনা কাংথক্তা পুখৎলগা ফম্মিন্নরম্মী। চাক থোংবগী থবক্তা মথৌ চিল্লিবী অনিসা মপান থোরকখিদ্রে। মঙোন্দা মবুংনা করি এনশাং থোংলি হায়বা হংবসি

অনীরক শুরে। ইখুম খুন্নক্তবদগী লুইস ইমুং চঙখি, অদুগা মহাক নোক্তুনা থোরক্লে।

" ইতাও নঙ, অনিসানা থোংলিবা এনশাংসি হৈনগদবা মান্দ্রে, শোইবুমগা পানগা থোংবনি। হবাইজার থাকপনি। নঙ ফমখো, ঐ য়েন অমা হাংখিগে। "

" এ! ইতাও! মদু তৌবীগনু। ঐনা খ্বাইদগী পামজবা এনশাংসি শোইবুম্নি। হবাইজার য়াওবদুনা হেন্না অমুক চাজনীংগ্রে, ঐ য়েন কয়া পামজদে। " গম্ভীর শেংনা হায়জবনি।

মহাক কোয়রকপগীদমক নুংঙাইনা শান্নজরম্বা জীব অমা মথ্বায় মাঙহনখিবা গম্ভীর খম থেংনা পামজদে। মহাক্কী পুক্লীংগী ৱাসি ময়েক শেংনা হায়দোক্লুরগা লুইস ৱারৌখিগদ্রা হায়নসু খল্লম্মী। মরম অদুনা মহাক চাক য়াম্না লাম্লে, খুদক্তা চারসি হায়বদা তাখি। মহাক্কী লৌথুপ লৌকোই লৈতবা ৱাঙাঙদা লুইস পেল্লম্মী।

হৌজিক লুইসনা মচল অনিসাদা চাক থুনা শেম্নবা হায়খ্রে।

ঙসিসু গম্ভীর ইমুংসিদা অতিথি ওইনা, অনিসানা অৱাৎ-অপা য়েংশিন্দুনা চাক চারি। মহাক ৱা ঙাঙবদা, মীৎয়েং নায়েংদা য়াম্না চেকশিল্লম্মী। মতৌ অদুমক অনিসানসু উৎলক্লি। পাখংগী মতৌ পাখংনা খঙদবা হৌনব্রা? লুইস নোক্লম্মী।

চাক চাবা তোক্লবগা খুল্লাকপা খুল্লাকপী খুল্লং থারুগদবা লৈ হায়দুনা নাকন্দা সম অমমম য়াল্লগা চৎনবা থৌরাঙ লোইখ্রে।

খুল্লাকপনা হায়রম্মী, " ইচানুপা, ইপাখোয় খুল্লংনা লৌ য়ানবা, কং ফুকপা চৎকে। নঙ লৈহৌখো, নতাওখোয়গা ৱারী শান্নৌ, থেঙনদি হনগনু। "

" হোয় ইপা। " গম্ভীর নোল্লুক্লা খুল্লম্মী।

লুইসনা গম্ভীরবু খুলগী মরূপশিংগা, হায়বদি, লৈশা-পখংশিংগা শক খঙনরুসি হায়না য়ুমদগী পুথোরকখি। লুইসকী তুংদা গম্ভীরনা কাংথক্কী সীঢ়ীদগী কূমথরকপদা নঙ্গন্দা কন্না থারকপা হৈগ্রে অমা লৈমায়দা তারকখি।

য়ূময়াদকা হৈক্রে হৌরিব্রা , কদায়দগী কেল্লকপনো হায়না মহাক লৈদুনা য়েংঙি। মতৌদু য়েংদুনা নোকমী নোকমী লেপ্লম্বী অনিসাবু গম্ভীরনা উরুরে। মহাক লৈমায়দগী হৈগ্রে খুনগৎলগা পাউখোং অমা ফোঙনবা মতাওগী তুং ইল্লম্মী।

য়ূম অমগী মথং য়ূম অমদা লুইসনা গম্ভীরবু পুদুনা কোয়রম্মী। মতাওবু চহী লেংগা ওইবা পাখং-লৈশা কয়াগা শকখঙনহল্লে। মখোয় ময়ামদুগী মীয়োক-মীচান ফজবা উবদা হরাওবগা লোয়নবা ইকাইজবা অমসু গম্ভীরদা ফাওরককখি। মহাক নুমিৎনা লৈবা মায়কৈ য়েংলুরগা নুংনাংলক্লে, চৎনবা মতম য়ৌরক্লবনি।

পূং মরি তারে। মতাওনা গম্ভীরদা হন্নবা তকশিল্লকখি। খোঙচৎ অমগী নুংঙাইবা ঈথক্লা পুদুনা চৎখিবগুম্মী, গম্ভীর খংতুক তুকথৈ।

লুইসনা গম্ভীর পুদুনা মোতোর সাইকল লৌবা লাকপা মতমদা সমদা সনাবুল হাপ্তুনা অঙম্বা তুরোল লৈরায় লম্বীদা অনিসানা কূমথখিবদু উরবসু গম্ভীর করম্না কৌরুগনি?

অব্রাৎবা ময়াম অমা কোকথোং পুদুনা হল্লকখিবা গম্ভীর অহীং চুপ্পা তূমখিদে, মহাক ফমুংদা থরো থরো ওন্দুনা খাঙলম্মী। মহাক্কী মাৎতা অনিসা, খুল্লাকপগী য়ূম, চীংখোংদা তাবা খুল, মতাও লুইসনা শকখঙনহনবা মরূপশিং , চীংয়া লম্বীগী উয়ূং পরেং পরেং , থেক খোয়না চেল্লিবা মহা তুরেল মথং মথং, মরী-মরী লাকই। মহাক খুন্দু নুংশি। অনিসানা তোয়না চৎপা লম্বীশিংদুসু য়াম্না নুংশি। অনিসাখোয়গী হূই-য়েন ফাওবা নুংশি। অনিসা হায়বা মিংনা কোক্তা অসুম ঙংলম্মী। মহাক হায়দ্রাবাদ পাংগদবা নুমিৎতু য়ৌহন্নীংদ্রে, মনাক্তদা লৈনীংঙি করি তৌসিগে খল্লম্মী। অনিসা উদ্রবা সংসার মাগীদমক ইমম মম্বা শোয়দ্রবনি।

ঙসি গম্ভীরদা লাকখ্রিবা থৌনাসি ঙক্তে হায়বা য়ারোই। মহাক নোংঙাল্লমদাইদগী থৌরাং পূম্নমক লেইশিল্লে। নুংশিজরবা মপাবুং হৌগৎলকপা ঙাইরকপা কুইরে। ঙাইঙল্লক্তে। নুংশা মঙাল উদ্রিবৈদা মহাক সাইকল ইম্বোরক্লে। গম্ভীর ঙসিদি হূরানবগী লোনচৎপু চাংয়েং অমগুম

খল্লে, তম্নুদনা হৈরকপ্রবনি। মহাক অহল ওইরবী, লৈমিন্নবী মনেহন্দা মমান্নবশিং ময়াম অমা মথং মথং উনরুগদবা লৈ, খরা থেঙলকপা য়াই হায়না তাক্লল্লগা, মপাবুংবুদি উনরমদনা যূমদগী থোরক্লে।

গম্ভীর সাইকল থৌনা থৌনা মতম পারম্মী। লিলোং য়ৌবদা পুংখায় অমা, থৌবাল য়ৌবদা পুং অমা মিনিট কুন, ককচিং লমখায়দা পুং অনী মখায়, কোমলাথাবীদা পুং অহুম মিনিট তরা, মরক্তা পোৎথারগনা পুন্না পুং মরিদি চঙগদৌরি। অসিমসু খল্লম্মী, মপা খুল্লাকপগী যূমদা মহাক করম্না চঙলুগদৌরি। ঙস্ফম থোক্লিব্রা? মহাক্কী পুক্নীংগী অরোনবা ৱা অতাক-অফোংনগদৌরি। মসিদি মমায়দা য়োৎ তোপ্লবশিংগী থবক্লি। অনিসানা করি খনগনি? লুইসনা উশিত্তে হায়না শাউবা শোয়দ্রবনি। খুলগী পাখংশিংনসু য়রোই, মীওম্বা তাগনি। মখোয়বু শাউহনবা ফত্তে। অদুদি, কোমলাথাবী খুল য়ৌদনা অনিসাবু করম্না উনগদৌরিবা? মাবু ' নুংশি ' হায়বসি ফোংদোক্লমদনা তুমিন হায়দ্রবাদতা করম্না চৎকনি। মদুনা থৱায়বু হেন্না হেন্না ওৎলগনি। অদুগা ' নুংশি ' হায়রম্বা খক্তনা পোৎলূম পুম্নমক থারম্বদি ওইরোইদৌরি। মহাক্কী পুক্নীংগী ৱা খঙদোক্ত্রবদি মৈথক্তা ফমগদৌরি। শম্না হায়রবদা অনিসাগা উনদুনা ৱা খরা ঙাঙনদবা য়াদ্রবনি। ইকাই-ইকি থাদোক্তবা য়াদ্রবনি।

ৱাখল তৌনা তৌনা লাকখিবা গম্ভীর পল্লেল গেট য়ৌশিল্লকখ্রে। মহাক অৱাবা অমসুং চোকথবা কয়া ফাওদ্রবসু হুমাংনদি লূপ্লে, অমম্বা লৈচিলনা নুংশা থত্তুনা থল্লমদ্রবদি ঈশিং য়াম্না থক্লল্লগনি। মহাক হৌজিক, ঙাইহাক পোৎথাখিগে খন্দুনা হোটেলদা চাক চাবা চঙলম্মী।

গম্ভীরনা চাক চারিঙৈদা, অনকপা খুন্দগী য়ৈরকপা চর্চ- কাংশি খোঞ্জেল তায়। মদুনা মহাকপু নোংমাইজিং নুমিৎনি হায়বা অমুকসু নীংশিংহল্লে।

গম্ভীর অনিসাখোয় যূমদা চঙনবা উপায় থিবা লেপ্তে। কয়াদি মপাঙ্গল লৈতবা পাম্বে অমদি ফংলে — মহাক্না লংফৈদা লৈরুবা মতমদা পারুনবা অফবা বাইবল অমত্তং মপা খুল্লাকপদগী লৌবা লাকপনি হায়রুরগে খল্লম্মী। মরম অদুনা অনিসাগীদমক কেক অমসুং বিস্কুইট লৈরগা

মহাক সড়ক্তা সাইকল ইন্দুনা চৎলম্মী।

কোল্লাথাবী খুঞ্জিল য়ৌরক্কদৌরে , পল্লেল লৌকোল তুংওইনরে, গম্ভীর শ্বায় শ্বায় পাখৎলকই। মহাক্না হোৎনজরিবা পূম্নমকসি অনিসাগী পাউখুম্না অরেম্বা তাহনগদৌরিব্রা খল্লুরগসু মহাক চপ চপ লেপ্লতা নত্তনা নিকপসু য়াওরি। হৌজিক মহাক ব্রাফম অমা নীংশিংলকই, ইম্ফালদগী সাইকলনা লাকই হায়বা মপা খুল্লাকপা অমসুং মতাও লুইসনা খঙখিবদা ব্রাহং খরা থোরক্কনি। চিংনবা হেনগনি, হূরান লোনচৎকীদমক মঙোন্দা মমল থল্লোই।

গম্ভীর মহা তুরেল্লোমদা, নোংচুপ পাংনা , অপিকপা নারক্কী খোঙ লম্বী অমা ইন্দুনা চৎলম্মী। মী য়াম্না চিকপা মতম্নি। নারক লম্বীদুদা মহাক সাইকল অদুম ইল্লম্মী। লৌবুক অমগা তাইনবা মফম অমদা শিজিন্নদ্রবা, নোংগী ঈশিংনদি মপুক থল্লিবা, হুপ নাপীনা কুপশিল্লবা পুখ্রী অমা থেংনরে। গম্ভীর তুরেলগী অরুবা ঈরেল য়ৌরুদ্রবসু য়ারগনি খন্দুনা মফমদুদা চপ লেপ্লম্মী। মহাক পুখ্রীগী লৈরাই মফম চাবা অমদা লেপ্লগা সাইকল ঈশিং মনুংদা থাদরম্মী। সাইকল ফজনা লোৎলে। মীনা উবগী ব্রা লৈররোই। গম্ভীর লৌশিং অদুগীদমক মশাবু থাগৎচৈ, সড়ক্লোমদা প্রপ প্রপ হল্লকখি।

পন্দনা লাকখিবা গম্ভীর মপা খুল্লাকপগী যূম য়ৌশিল্লকখি। যূমগী থোঙ শো লোনবা উই, কনাসু লৈতে। চর্চতগী হন্নরক্ত্রিবা মাল্লি। গম্ভীর কাংথক মাঙ্গোন্দা কাখত্তুনা ফান্দা মথন্তা ফল্লম্মী।

মিনিট তরারোমগী তুংদা অনিসা তহ্া তহ্া লাকপা গম্ভীরনা উরে , মীহুল দং দং চোংখি। অনিসাগী মায়থোং ইকাইবনা কুপ্লি, মহাক য়েংদবগুম চঙলক্লম্মী।

গম্ভীর যূম্বু শারে, ইকাইনা ওক্লম্মী, " অনিসা, নঙ হল্লক্কব্রা? ইপাখোয়দি? "

" হোয়, ইবুং, কয়া কুইরে লাকপা? "

" কুইদ্রি, কনাসু লৈরমদবদা ঐ ঙাইরিবনি। "

অনিসা কাখৎলক্তুনা থোঙগী শো হাংলম্মী।

" ও, ইবুং, ইপাখোয় লাক্লগনি। ঙসিসি রিবরেন্দ থোমাসকী সর্মন লোইবা নাইদে, শাংঙি। মহৌশাদগী খরা থেঙখ্রে। হৌজিক উঙ্খুলদগী লাকপা প্রিচিং পার্টি লৈশা পাখং ময়াম অসিদা চাগনি। ঐ মখোয়গী চাক শেন্বা এদবান্স ওইনা লাকপনি। "

" ঙাইখো অনিসা , ঐগীসি মতাং চাদে খনবীগনু, ঐ ৱা অমা হায়বা তারে। " গম্ভীর থুজিল্লকখি, " ঐনা নখোয়গী য়ূমসিদা হন্না হন্না লাকপগী মরম খঙবীয়ু। "

" করিগীরা? "

" করি হায়গনি, ঐ নহাক্কী ৱাখন্দা ঙাওরবনি। ঐনা শাগৎচরিবা মঙলান অসিদা নহাক্কী পাউখুম খঙজনীংঙি। "

" অস! অদুরা? " অনিসা নোকফেৎ তৌই, " ঙাওকনুদা, কবিসু কান্নরোই ইম্ফালদা মশক ফজ-ফজবা লৈশা য়াম্না লৈরগা, ঐখোয়দি চীংমীনে, হাওনে, ইশকসু থীবনি। নঙগী ৱাখল কুইরোইয়ে। "

" অনিসা, নঙ ঐঙোন্দা থৌজাল অমত্তং উৎপীয়ু। ঐ তশেংনা তূম্ফম চাফম খঙদ্রবনি, ঐ লংফৈদা ঈংনা লৈবা ঙম্লরোই। "

" অদু, ইবুং নঙ চৎখ্রো। ইপা ইমাবু ইকাইদ্রা? ইয়াম্বা লুইসকী লীংজেন খায়। নঙনা ঐগী ৱা খঙলবদা করিগী হংবা শারি। নঙ শাউগনু, তুরেলগী লম্বীদা হনখো। চর্চকী মীশিং কায়নরক্লে। চৎলো ইবুং। "

৴ অনিসা ইমুংদা চঙখিবগা গম্ভীরনা তান্নদুনা থোঙজিন্দগী হায, " নঙগী অরেপ্পা ৱাফম অমা খঙদ্রিফাওবা ঐ য়ূমদা হল্লোই, অহীং চুপ্পা নঙবু তুরেন্দা ঙাইগনি। "

" ইস! অদুম হায়গনু। ঐ লাক্লোই। চৎলো। অঙাংশিং লাউনবে। খৃষ্টমাসতা শোয়গনু। ঐ ৱা হায়গনি। "

গম্ভীর পাঙ্গল থোকখিদ্রে। অনিসানা ঙমজরে। মহাক য়ূমদুদগী তুরেল লম্বীরোমদা প্রপ প্রপ থোরক্লে। মহাক চুমদ্রিং তুরেল খোঙনুংদা লাকখি। হায়নিঙাই লৈতনা খোইরাং-খোয়শাউনৈ, মায়থীরবা খোঙচৎ ওইনা লৌই। পাউখোংগুম্লবা অনিসাগী ৱাঙাঙদুনা পেলহনবা ঙমদে।

মহাকপু ব্রারৌদনবা পঙহায় হায়বা মাল্লি। থম্মোয়নুংদু কল্লক খম্বনবনা পিকথল্লে। ইস! উখুলগী পাখং ময়াম ময়ূমদা চাক পীজগদৌরিবা? কয়া কুইনা মখোয়গা ঈশৈ শকমিন্নদুনা লৈখিগদৌরি ?

উপায় লৈত্রবা গম্ভীর কপ্লীং কপ্লীং নারক্কী পুখ্রী য়ৌরক্লে। মহাক ঈশিং মনুংদগী সাইকল চিংখৎলগা সড়ক তম্না থোরকখি। মমীৎতা ঈরা চেন্না কোল্লাথাবী খুন্দু অমুক্তং য়েংলম্লগা সাইকল থৌরক্লে।

২ মথং অয়ূক্কী পূং মাপল চপ চানা গম্ভীরবু মপাবুংনা এয়পোর্টতা থিল্লকখি। পেসেঞ্জের ৱেটিং হোলগী চঙফম মক্তা লৈশাবী অনী লেপ্তুনা লৈবা গম্ভীরনা উই। ফিজেৎতি শলৱার-কুর্তানি। শক্তমদি য়ানশিন্নরে। খরা ৱাংবীদুনা মঙোন্দা য়েংলগা ইকাইবা খাঙদুনা মোমোন নোক্লমদ্রবদি শক খঙবদা মতম চঙলমগনি। অদুম্না অ্নিসানা লৈরমগনি হায়বা করিমত্তা থাজরুদবনি। হব্রাউমনবনা মফম, মতম কাউরবা গম্ভীরনা অনিসাদা মমীৎ-কুপ্তনা য়েংলম্মী।

“ হাই! অনিসা! ” গম্ভীরনা কৌরম্মী।

“ ইবুং! ” ইকাইবনা থৎখিদ্রে, অনিসা চঙশিল্লক্তুনা ফজরবা খূৎশেমগী লৈ চবুন অমা পীদুনা হায়, “ হেপ্পি জর্নি। ”

“ থেঙ্ক য়ূ। ”

গম্ভীরনা মপাবুংদা অনিসাবু শক্তাক্কে হায়না তুংলোমদা য়েংলুবদা লৈরমদ্রে, খরা লাপ্তুক লেপ্লি।

পূং অমরোমগী তুংদা এরোপ্লেন কাখৎখিবা গম্ভীরনা থোঙজীন দগী লৈদুনা য়েংলকপদা গেলেরিদা লেপ্লিবী অনিসানা মখূৎ কন্না হাইরম্বদু উখি। মহাক মপাবুংবুসু উরমদ্রবদি এয়র হোষ্টেসনা চিংশিল্লম্বা য়াই।

# ২৬

ইন্দুগী কাঙলূপকী মী পুল্লে। লানঙম অমদি লমশাংদগী পুলিসনা ফাখ্রে। হৌজিক, মসিদগী কৈবুল লমজাউ কেম্পকী অরোন-অথুপ খরদি মপান থোকখিবা তারবনি। অদুগী মথক্তা লোক্তাক পাৎকী মনুং অমসুং অকোয়বদা লৈবা মখোয়গী শাইদাংফমশিংদা য়েক্লবগী চৈথেং লাক্কদৌরি। আই. এফ. বাটালিয়ন হেদক্বার্টর্সশিংদা অচৌবা পুখ্রী তৌনখ্রে, মদুদা হি থাদদুনা মখোয়গী সিফাইশিংবু হিহোনবগী ট্রেনীং পীবগী পাউ লৈরে, লোক্তাক্তা ইকুই কুইদনা ওপরেসন চৎথরক্লগনি। মরম অদুনা ইন্দুগী কাঙলূপ য়াম্লা থুনা অনীশুবা বেজ কেম্পতা, খূৎলাই য়াওনা লাক্লবা খঙহল্লক্লে। লম্বীদি উখ্রুল দিষ্ট্রিক্ট ফাওরক্কদবনি হায়রকখি।

হকচাং ওমদবা নুপা অমা মতম খরা লায়েংনবা শিন্নরম্লগা ইন্দুগী খূৎপু মখোয় তরানিথোই অহীং অমা লোক্তাক লাম্হোক্লম্মী। নোংঙাল্লমদাইদা মখোয় সেকমাইজিন থুংবগা লোয়ননা মরূপশিংগী মতেং লৌদুনা নুংথিন্দু পোৎথারে। অহীংদা হিয়াংলম ফাওরগা ককচিং য়ৌশিল্লম্মী। লম্বীগী ফিভম য়েংবগা লোয়ননা মথক্কী পাউ ঙাইবদা মখোয় মফমদুদা নুমিৎ মরিনি লেনবা তাখি। —

অহীং অমা বালাগা মহাক্কী মরূপকা ময়ামদগী তোখাই তানা পাখং লৈশাবী খরা লৈবা য়ুম অমদা থুংলম্মী। বালাখোয় তূম্ফম কাগা, য়ূম্নু মতে মনাওগীগা থংনৈ। মখোয় অনীগী তূম্ফমদু লৈশাবী অমনা শেন্নম্বনি। ব

াচেৎ অমসুং লৈবাক্কী অপাবা ফক্লাং ওইবনা য়ূম্বু মতৈ-মনাওনা ঙাংন-শানবা ব্রা পূম্নমক বালাখোয়না খরদি অদুম তায়। ফনা কুইনা মখোয় অনী তূম্বা য়াদনা লৈরে।

হন্দক্তি, য়ূম্বু নুপীনা য়াম্না লোন্না হায়, " মোয়বা, নুপী মচা অনীসিগী মশক উরব্রা? "

" উদ্রি। অতৈ নুপাশিংদুদি কদোমদা চৎখ্রে? "

" তুমিন ঙাঙণ্ড, তাখিনি। ... মখারোমদা খরা, মমাঙলোমদা খরা খাইদোক্লখ্রবনি। " নুপীদুনা তপ্না মখা তারকখি, " ওন্থোক্লা পান্মুখ্রেদা, মখোয়সিনা লালহৌবা য়াওদুনা মপুন্সি কৎথোক্লিবসি। করি নীংবা কায়বা লৈনবদগীনো তৌনরিবসিবো। খরা ব্রাংবীসিগী মফজসিদি করি হায়রুনি। মখূৎ মশা, খূনীংকাসিনা থোৎ-নৌরিবা, রাশিনা মরোল অমা। ঙসাই ঈরুজবদা হোংনবা ফি ফনেক অমগা ফেনাৎ অমগা পীয়ু হায়দুনা মখোয়গী. মরাং-তুরাংবা ফিদু য়াওদনা চঙলকপদি করিনো লাই মচাদুম ওইরবোই খল্লুরে। ঐদিনে সত্য, মাগী লমচৎ-শাজৎ, তৌরিবা মওংসি ইয়েং হেক য়েংদবীদা ঐখোয় ইবোয়াইমগী মৌ ওইনবা ফাহৌরসিরা খল্লবনি। করি ওইরো, করি ওইরো, অরাকপা ব্রাথোক খুদিংমক থেংনরগা লোইরে। ঐ অঙাংসিগীদমক শিদোকপদা চিংনবা লৈরোই। "

নুপাদু থিক থিক নোকখি, " তুমিন লৈয়ুদা, অদুম তৌরুরবদি ঐখোয় তুম্লেদনা। মীগী পার্টি ইচাও চাউনা লৈরিবনি। অদুগা, লমচৎ-শাজৎকী ব্রাদি, পার্টি য়াওরমদাইদা য়াম্না কুপ্না য়েংখ্রপোৎনি। অমোৎপা, লমচৎনাইদবীশিংবু মখোয়না লৌশিল্লোই হায়বসি ঐগী ব্রাখলনি। "

" মমা-মপা, অহল লমনশিংনা মখোয়গীদমক কয়াগী মতীক ব্রারমগনি। মীৎলু ঈরাবু শুককং কংলম্লরোইনে, ওন্থোকপনি! "

বালাদা মহাক্কী মতানা খূনীংনা থক থক থিল্লকখি, " লৈহৌরগেরো? "

পাউখুমদা বালা হিক হিক কপ্লম্মী, মমাবু কন্না নীংশিংলকপনি।

মখোয় অনীমক তূম্না ইয়া য়াদনা নোংঙাল্লকখ্রে।

নুমিৎ মরিনি হৌখ্রে। অহীংগী অঙনবা শরুক্তুদা মথক্কী পাউতাক মতুং ইন্না মখোয় তরানিথোইমক মপূং ফাবা ফিজোন্দা খূৎলাইগা লোয়ননা চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী।

মখোয় মাইরেম্বম ফাওদুনা লৌসী শম্নগা চিংথাম য়ৌরে। পূং তরা তাবা মতমদা সামরাম, চিরাপুর লাম্লগা ব্রাংবল তারম্মী। অহীং নোংয়াই মতুংদা থোকচোম থুংলে। পুখ্রী অচৌবা অমগী সীটাদা ফমদুনা ঙাইহাক পোৎথারগা মখোয় বেঙ্গীদা লাকখি। হৈরোক্লোমদা নোংমৈ কাপ্নবগী খোঞ্জেল তাবদা মখোয় পেচি চীংদা হাইগত্তুনা নোংঙান্দ্রিঙৈদা নোংপোক সেকমাই য়ৌশিন্নবা হোৎনরম্মী।

নোংপোক সেকমাইদা নোংমগী মতম চুপ্না পল্লবা তুংদা মখোয় অয়ূক ঙন্তাদগী চীং লম্বীদা হাইগৎপা হৌরে। চেঙ-হৱাই , অচা-অথক খর-খরদি লোয়নদবা য়াদবনি। মখোয়বু ব্রাহনগদৌরিবদি নোং চিফেৎ চিফেৎ তারক্লিবসিনি। উচিন নাচিন নম্বশী, কাসোম খুল্লেন লাম্থোক্তুনা বোর্দর নকশিল্লক্লবা মতমদদি লম্বী খরা কোক্লে খল্লম্মী। হুম্নিশুবা নুমিৎতা কাঙপাৎ থুংলে। মফম অদুদা ব্রাখল্লোন তিন্নবা পার্টি অমগা চামিন থকমিন্নদুনা নোংমা লেল্লবা তুংদা মখোয়গী পম্থুং অনীশুবা বেজ কেম্প তম্লকখি।

শাংলবা লম্বী অমদা মখোয় কাঙপাৎ ফাওদুনা লাক্লবা মথক্তগী পাউতাক পীরকখিবগী মরম হৌজিক্তি ইন্দু খঙলক্লে। লমদম অসিদা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা লালহৌবগী থবক চৎথরিবা অতোপ্পা পার্টিশিংগী মপাঙ্গল খঙদোক্লবা, য়ারবদি মখোয়গা হকথেংননা ব্রারী শান্নবগী খুদোংচাবা লৌনবা ওইরম্লে। শম্না হায়রবদা ইন্দুদা শিন্নরিবা থবকসি অচৌবা, মরুওইবা, য়াম্নসু খুদোং থীনিঙাই ওইবা ঙাক্তনি। মহাক্কী পার্টিনা মঙোন্দা থল্লিবা থাজবসি খল্লুরগা ইন্দু থম্মোয়নুংদা য়াম্না পেঞ্জরম্মী।

কাঙপাত্তগী মখোয় তরানিথোই খা নোংপোক পাংনা কবো তম্পাক তম্না হাইথরক্লম্মী। নুমিৎ নীনিগী তুংদদি মখোয় তম্পাক উমংদা

চৎলে।

ফাইলেন য়ৌরে, ব্রাইফৈ খুন্নি। ম্যানমার লালহৌলূপ কাঙবু অমনা মখোয়বু ওক্কুনা পীজ পীথক শীল্লম্মী। মখোয়গা পূন্না লৈমিন্নবা মতমদুদা ইন্দুখোয় কাঙবু তঙ্খায় অমদি নীংখা তল্লে খল্লম্মী। মথং নুমিৎতা মখোয় মনিপুরগী লমখৈদা অমুক চৎলম্মী। তরেৎ লোকচাউ লাম্থোক্লে। নুমিদাংব্রাইরম ওইরে , বোর্দর পিল্লর পোষ্ট ৭৮গী মনাক্তা চেনবা তায়াং লোক্তা মখোয় ঈরুজরগা চাক থোঙ্গৎলম্মী; অহীংসু মফমদুদা লেনখি। মথং অয়ূক্কী অঙনবা মতমদগী মোরে পাংলম্মী। মংসা অমসুং কোন্দোংগী তম্পাক উমংদা য়েক্লবশিংগী লাং কয়া থৈদুনা লাক্লগা মখোয় নুমিদাংদা অখুবী থুংলে। য়াম্না ব্রানরে। পোৎথানীংবগী ব্রা ঙাঙনরকখি।

ইন্দুনা হায়, “ হৌজিক ঐখোয় অসিদা লেকপা য়ারোই , মোরে য়ৌগদৌরে, খজিক্তং ঙাইরবনি। অদুগা, অকোকপা লম্বীদসু চৎপা য়ারোই, য়েক্লবশিংনা লূন্নমগনি। চীংলোমদা হাইগৎসি। ”

মখোয় লেপ্তুনা ঙাইহাক খন্নরিঙৈদা পোৎ য়াম্না লূম্না পুবা নুপা অনীগা নুপী অনীগা তুংলোমদগী ফুৎ ফাওদোরকখি। মখোয় মরিদু হন্দুনা চেনগে তৌই। নুপা অনী লূংগী শেৎলবসু নুপী অনীগী ফনেক্তগী মণিপুরগী মীনি হায়বা লৈরম্বশিংনা খঙলে।

ইন্দুনা লাউই, “ চেনগনু, নখোয় ঙাইখো। ”

“ মখোয় মরিদু চপ লেপ্লম্মী। অদুগা অমম্বদুদা মুন্না য়েংলকখি। ”

নুপী অমনা হায়খি, “ মৈতে য়াওরিমাল্লে , ফজনা ঙাঙনসি। ”

ইন্দুনা খঙহল্লি, “ ঐখোয় মৈতৈনি, মণিপুর মচা ঙাক্তনি, নখোয়বু ফাগদবা মীসু নত্তে, চৎমিন্নসি। ”

পোৎলূম পুবা মরিদু চঙশিল্লক্লে। হৌজিক মখোয় ভাব তারমাল্লে, খরা অহল ওইরবা নুপাদুনা কোমতক হায়, “ হোয়, জীব অমত্তা থেংনররোইদবা লম্বীদনি ঐখোয়না চৎকদৌরিবসি। ”

পোৎলূম অমসুং চিংনবনা মরম ওইরগা ব্রা কয়া ঙাঙনীংদ্রবা মখোয় মরি মাঙদা চৎপা হৌই। মখোয়গী তুংদা ইন্দুখোয় তপ্তক ইল্লম্মী।

পরেং শানা মরী- মরী চৎলিবনি। মোরেগী মৈঙাল উবা কুইরে, নক্লা খল্লুবনি, য়ৌবদি নাইদে। লোক অমা লাল্লমদাইদা ইন্দুখোয়গী মীশিং লৈহৌনবা মাঙগী মরিদুদা তাক্লম্মী।

নুপী তুংথংবীদুনা লৈশিল্লগা হায়রকখি, " ইবুংঙোখোয়, নখোয়গী থবকসিবু কৈদৌঙে মায় পাক্কুনা ঐখোয়না মহৈদু উগদৌরিবনো? ঐখোয় থাজরক্কে। ঐখোয়সি ৱাবা অসুম অসুম হেল্লক্কে, ঐখোয়বু ওৎপীবা অমসুং ওৎহনবীবা তোয়রে , থেংনবা মফমদা ৱাসি অমুক্তং হায়গে খল্লকপা কুইরে, নখোয় অফবা কাঙলূপ ওইরমগনি, শাউগনুকো। "

ময়ামদু নুপীদুদা পাউখুম পীনখিদে। ইন্দুগী অৱাবা শরুক চান্মদা হেনগৎখি। মী মরি উখিদ্রে।

মোরেদা নুমিৎ হুম্নি লৈরবা তুংদা ইন্দুখোয় নোংঙাল্লমদাইদা মীনৌগীদমক খোঙশানবা হৌই। মেনা লোক্তা চাক চারিঙৈদা পাটিগী পাউ পুবা নুপা অমা লাক্কুনা ম্যানমার অমসুং মণিপুরগী লোন্নবা লম্বীশিংদা আই. এফ. ময়াম চাইথোক্কুনা লৈখ্রে হায়না তশ্লে। মরম অদুনা মখোয় নোংচুপ্লোমদা চীংজাউ উমং ফাওদুনা চৎনবা য়াম্না ৱানা হাৎগৎলম্মী। নুমিৎ চাইখ্রে, চীংলোন্দি অনী লান্দ্রি। অসুম কাখৎলকপনা অৱাংবা চীংমায় অমদা পান্নৌ লৌকোনগী শরুক খরা উই। মফম অদুদা নুমিদাংগী চরা ফংনবা হোৎনরুসি খন্নদুনা চৎপদুদা লেপ্লখি। অরাম খৌরাংবা অমদি চোকথবনা খোঙ থাংদুনা চৎনীংলক্কবা মতম্নি। লৌশঙ অমা অনী উখিবদুনা পাঙ্গল খরদি হাপ্লি। অচৌবা লোক অমদা ঈশং কারবা নূংজাউশিংগী লৈরায়দগী য়াম্না ৱানা কূমথরে। লোক লান্দুনা মখোয়না অঙম্বা চীংমায় হায়গৎলকপদা আই. এফ. কী মশীং য়াম্লবা কাঙলূপ অমগা খম থেংনখি। শন্দং অমসুং অতৈ লমশাশিংতনা চৎনবা, মথক্তা লী অমসুং মখল কয়াগী উরীশিংনা কুপশিল্লবা অখুবা লম্বীদুদা কাঙলূপ অনীমক্লা অথু -অহাগী থবক পায়খৎপদা খুদোংচানখিদে। লীগী তিংখং অমসুং নারক্তা চোংশিন্নবা নত্তনা উপায় লৈনখিদে। মায়কৈ অনীমক্লা নোংমৈদি কাপ্লখি, টার্গেৎ উনবদি নত্তে। মিনিট মঙারোমদি চীংঙ্গোন্দু নোংমৈ মখোলনা পূম্নিল নিল্লি। ইন্দুগী

পাউতাক ইনবদা নত্তনা হন্দোকপদা হৈ-শিংলবা মহাক্কী লানঙমশিংনা মরূ কুন্দগী হেন্না কাপ্পন্নোই। দ্রর দ্রর, দং দং, বদ্রক ব দ্রক পাইথোকখিবা মরূশিংদু আই. এফতগী অয়াম্বনি। তপ্না তপ্না নূংজাউ অমসুং উজাউশিংগী মরুম থুপ্পুনা নাম্থোরকখিবা ইন্দুগী মীশিং লোক্কী ব্বাংমা য়ৌরক্লে। হৌজিক মখোয় মফম চাবা ফংলবনিনা শীংনদুনা লৈখি। মখোয় মীশীং থিরকপদা অমা ব্বাৎলল্লে।

ইন্দুনা ময়ামদা হংঙি, " ব্বাৎলিবসি কনানো? "

বালানা তাকই, " সর্জন্টনি, সার। "

" কৈদৌখ্রে, নখোয় উনহৌবা য়াওব্রা? "

বালানা মখা খুল্লকখি, " ঐগী মাঙদনি মহাক্লা চৎপদু। এক্সন্দা ঐনা ওইরোমদা, অদুগা মহাক্লা য়েৎলোমদা চোংঙি। অদুদগী মহাকপু উখিদ্রে। "

ময়ামদু নুংশা থীনবগুম তুমিন তুমিন লৈনৈ। মখোয় পূংখায় ফারে মফমদুদা মীৎ-না শিংনা লৈরকপা। আই. এফ. কী সিফাইশিং লোক ব্বাংমগী চীংচেপ লম্বীদা হনখিবা উরে। মখোয় মফমদি লেঙদ্রি।

নুমিৎ লৈথরক্লে, অঙৗংবা নুংশিৎ শিংলে। চীংদোনশিংদা নত্তনা অতৈ মফমদদি নুংশা উদ্রে। ইন্দু হৌনা, তেনব্বা মানবীগী খোঞ্জেন্দা মমি ক্রাইনা খোংলম্মী। ইথাপ থাপ্পুনা উরীগী মোংশোং মরক্তগী সর্জন্টসু খোঞ্জেল অদুমক্তা খোংলক্লে — ' তুই-ত, তুই-ত। '

ইন্দুনা পাখং অনীদা হায় , " চৎলু, মহাক চৎপা ঙমদ্রমাল্লে, করিনো অমদি লৈরে। "

লানঙম পাখং অনীদু সর্জন্টনা লৈরিবা মফম য়েংদুনা চৎখি। ইন্দুখোয় মীকুপ নাহুম শিংনা ঙাইরি।

মিনিট কুনলোমগী তুংদা লানঙম অমনা সর্জন্টপু পোদুনা পুরক্লে। মহাক ফৈগন্দা শোক্লে। লীখাংবশিংনা য়াম্ফৎলম্বা মচীন তুম্বা লীখোক অমনা ফৈগন্দা থীনা লেংখিবদগী চৎপা ঙমখিদবনি। শিৎ শিৎতুনা চৎলগা লোৎফম থিবদা ঈসু য়াম্না থোকখ্রে। মশামক মেদিক্সকী ট্রেনীং তৌরুরবা

মীশক ওইবনা অরুবা ফিভম তাহন্দবা ঙমখিবনি। ময়ামগা পূল্লরবা মতুংদা অহেনবা ফার্ষ্ট এইদ অমুক পীবা হোৎনরম্মী।

সর্জন্ট মরূপশিংদা শৌরগা য়াম্না ব্রানা লেপখৎপা হোৎনৈ। মখোঙ থাংবদি ঙম্বগী ব্রা লৈতে। মখোয় তরামাথোইগী সমস্যা অমা ওইরে। লাল মতেক অমনা অরাম্বা ঙাইহাক কাউনরুরবসু হৌজিক্তি মপুক পায়বনা য়াম্লরে। মোরেদা হনসি হায়রবসু অহীং চুপ্পা চৎপা তাবনি। মাঙদা উরিবা চীংলৌরোমদা চঙশিনবসু চিংনরি, য়েক্লবনা থৎলম্বা য়ারি।

বালানা হায় , " সার, হৌজিক পূং মরি তারক্কদৌরে। ঐখোয়দা য়াওনরিবা বিস্কুইট অমসুং হব্রাই খরসিনা লেন্নবা তৌরসি, লোয়ননা সর্জন্টকী ফিভমসি খঙহনখিনবা হোৎনসি। "

ইন্দুনা শমথৈ, " ঐসু মদু খল্লল্লিবনি। পাউ পীখিদবদি য়াদ্রে। অদুগা য়াম্না থুনা ঐখোয় মফমসিদগী শাফগদবা য়েংলগা লাপথোকখিনবা হোৎনসি। য়েক্লবশিংনা ঐখোয়বু খুলশিংদগী মতেং ফংদনবা শীল্লকপা শোয়দ্রবনি। "

" কদোমদনো চৎকদবসি? " বালাগী মতানা হংঙি।

" মায়কৈদি থৈদোকফম থোক্কে। মাঙগী চীংলৌসি মোয়োন খুল্লেনগী ওইরমগদবা মাল্লি। হয়েংসি লীবুং-তুথাং য়ৌনবা হোৎনসি। " ইন্দু টু-আই-সিদা ওনশিল্লি , " ইনাও সার, মেপ অমসুং কম্পাসকী মতেং লৌরগা পন্থুংফম য়ৌনবা ময়ামসিগা চৎপীখ্রো। সর্জন্টকা ঐগা লৈহৌরগে। মহাক্কী ফিভম খরা ফগৎপগা ঐখোয় লাক্কনি। হাপ্তা অমরোমদি ঐখোয় ময়ামগা কায়নবা তারি। সেটসিসু লোয়নখ্রো। "

টু-আই-সিনা মরক থৎলি, " সার মদু নুংঙাইগদবা মান্দে। সারনা লৌবীহৌগদৌরিবা দায়িত্বসি চাউমল্লি। "

" ময়াম নুংঙাইতবা তৌবীগনু। ঙসিদগী তরানিগী মতুংদা ঐখোয় খেংজোই য়ৌরক্লবা হোৎনগে। বালানা হায়খিবগুম ঐখোয় অচা-অথক অয়াওবা খরনা লেনবা তারে। অদুগা ইবেম্মা, বালা, মেসেজ অমত্তং থাখো। "

" ফনি সার। "

বালা পাউ থাবা হোৎনরম্মী। ময়াম অচাগোৎ লৌথোক্লরে। বোটলগী ঈশিং লিক্লা থক্লে। অদুক অবাৎ অপা হংনবগী বানি, পুক্তি তম্বায় থন্নবা নত্তে। মখোয় কাঙ-কাকফৈ চিক্তনবা মায়, ঙকশম অমসুং খূৎ-শা পূম্নমক হীদাক তৈনরে। ইন্দুনা দরকার ওইগদবা হীদাক অমসুং পোৎ চৈ খরা লৌহৌরগা ময়ামদা চৎখিনবা খূৎ মথং মথাং শোক্লম্মী। পূং মরিমখায় তাবা মতমদা মখোয় তরানা ইন্দু অমসুং সর্জন্টপু থাদোক্লম্লে।

ইন্দুনা অহানবদা সর্জন্টকী লোৎফম অমসুং পোৎথানবা মফম চাবা অমা য়েংলম্মী। লীনা য়োমশিনবা চীংথ্রাউ পান্বী অমগী মখোঙদা মহাক চঙলম্মী। ফুট মঙা-তরুক্কী অকোয়বা লম খরা শেংদোক্লগা মহাক্কী খাউদগী ফি অমা লৌথোক্নুনা থারম্মী।

হৌজিক য়াম্না চিক্লে। সর্জন্টপু মহাক্না শেন্নম্বা মফমদা পোদুনা পুশিল্লম্মী। চৈনা খাংবদা মমীৎ পাঙনীংদ্রবা মরূপ্পু মফমদুদা তপ্না ফমহন্দুনা হিপথহল্লে।

ইন্দুনা হায়, " মরূপ, ঐ হৌজিক ঙসাই উখিবা লৌশঙদু তম্না চৎলুখিগে। ঐগী থবকসি অহানবদা, চীঞ্জাক থিবা, অনীশুবদা, ঐখোয়বু তেংবাংবীনবা মী। ঐ য়াম্না থুনা লাক্কনি। "

" অদুগা সার, য়েক্লবগী বাফমদি? " সর্জন্ট চিংনরপ য়েংলকখি।

" মখোয় মফমদুদা লৈরম্লরোই। "

সর্জন্ট লৈহৌরে। ইন্দু পান্নৌ মপা য়েংদুনা মৌবী মরক্তা, শা ষন্না চৎনবা লম্বীদা য়াম্না থুনা লাকখি। অতিয়াগী মওং য়েংলুরগা নোং তারক্কদ্রা হায়বা ইন্দু নুংশা য়াম্না থীখি। অবাবগী মথক্তা অবাবা, সর্জন্টকীদমক খল্লুবনি।

নুমিদাংবাই পূং মঙা মখায় তারে। পামলৌ য়ৌরে, থবক শুবা মী কনাসু উদে। শঙদা হন্নরকপা মতম্লি। পাক শন্না, চীংমায় নাপোম অহুমদা য়াল্লিবা লৌকোন্দা শঙ তরাদি ইন্দুনা উবা ফংঙি। মহাক মতাই ইথং থংবা শঙ অদু তম্না চঙশিল্লম্মী। য়েনখাদা কূল্লম্বা হূই অমা মঙোন্দা য়েংলকখি।

মদুমক মহাক তান চারে খল্লম্মী। ইন্দু নূং অমা খুনগত্তুনা হূই তম্না লংলম্মী, মশাদি উখোঙ অমগী মরুমদা ফম্লুরে। হূই কন্না কন্না খোংলি। শঙনুংদগী নুপা মচা অমা থোরক্তুনা মায়কৈ মরিদা লৈদুনা য়েংলকখি। ইন্দু হৌগত্তুনা অঙাংবু কৌই। অঙাং শঙলোমদা ওনশিল্লগা করিনো খরা হায়খ্রে। নুপী অমা থোরকখি। ইন্দু চিংনবা লৈত্রবদা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লে। মমা মচানা মঙোন্দা হঙ্গোয়না অমদি অকিবা য়াওনা য়েংলি।

ইন্দুনা হংঙি, " ইচেম, ময়াং সিফাইশিং উব্রা? "

" অয়ূক লাকই, হৌজিক উতে। "

ইন্দু মখা খঙনবা হোৎনৈ, " ইচেমখোয়গী ইয়াম্বদি লৈব্রা? "

" মাদি আ মথক শঙদা চৎলে। অনাবা য়াওবে, অদু য়েংপনি। "

" অতৈ শঙশিংদা নুপা হায়বদি, নহাশিং লৈব্রা? "

নুপীদু ঙাইহাক খল্লগা খুম্লকখি, " মখোয় অনাবা শংপনি। "

" ইচে, ইয়াম্বদু অমুক্তং কৌবীরু, ঐ ব্রা অমত্তং হায়জগে। "

নুপীদু মচাগা লোয়ননা চৎখ্রে। ইন্দু শঙদগী খরা চৎথোক্লগা অচৌবা নূং অমগী মরুমদা ফম্লম্মী।

মিনিট তরারোমগী তুংদা নুপা অহুম য়াম্না থুনা লাক্লম্মী। অমদি মীয়ায়নি, অনীনা নহানি। মখোয ইন্দুগী নোংমৈদনা খরা হেন্না য়েংঙি।

ইন্দু শঙলোমদা চঙশিল্লি। মহাকপু উবদা নুপাশিংদু কয়া হৈনদবা মাল্লি।

অহলদুনা হংলকখি, " কবি হাযববা, সাহেব। "

ইন্দুনা খুম্মী, " ঐ ইয়াম্বখোযদগী মতেং নিবা লাকচবনি। নুংশিবীয়ু। "

" করিরা হায়য়ু। মখাদা নোংমৈ কাপ্পদু নখোয়রা? "

" ঐখোয়গী থবক্তি লাম্থেংনবনি, ইয়াম্বা। " ইন্দু চম্না হায়, " উনবা থেংনবদা নোংমৈ কাপ্নগদবা মীসি য়াম্লবনি। মী অতোপ্পশিংসু ওইরম্বা য়াই। ঐবু হঙ্গোইবীব্রা? "

নুপাদু খুম্লক্তে , লাকমিন্নবশিংদুগা ওনশিন্নদুনা মখোয়গী লোন্দা

ব্বা তান্নে।

পাখং অমনা মখা হংলকখি , " করম্বা কাঙবু ওইব্রা? "

" ঐখোয় মীয়ামগীদমক পুন্সি কৎথোক্লবা কাঙবুনি। " ইন্দু থয়াইনরপ খুন্মী। " ঐখোয় তৌবীমল কাউজরোই, লেম্লসু তোকচরোই। ঐগী মরূপ অমা মখোঙদা চৈনা থিনবদগী শোক্লে, চৎপা ঙমদ্রে। মহাকপু মফমসিদা পুরকপদা অমুক্তং তেঙবাংবীয়ু। "

" অদুদি য়ারোইদা, ঐখোয় ঙল্লোই। " পাখং অনীমক্লা খোল ব্বাংলপ হায়।

অহলনা মখোয়বু থৎপগুম মখা শমথৈ, " সাহেব, নখোয়বু মফমসিদা লৈহনবা য়ারোই, সিফাইশিংনা ফুগনি, ফাগনি। অদুগা চীংগী পার্টিনসু য়াদবনি। ঐখোয় কিরে। "

" ইয়াম্বা অদুম্না কম্থোকপীগনু। শেল মতীক চানা পীজগনি। ঐখোয়বু তেঙবাংবীদবা য়াদ্রবনি। অদুগা ব্বাফম অমনা ঐখোযগী মরক্তা শাউগনবা কয়া অমসু য়াওরি। "

মখোয় অহুম ব্বা অমুক তান্নখি।

অহলনা হায়রকই, " ঐখোয় মথক্কী শঙদা খুল্লাকপগা খন্নগে। মাগী মচা নুপীসু নারে। ডাক্তর লাকপা ময়াম ঙাইবনি। ঐখোয় চৎকে। খুল্লাকপগী ব্বা তাগে। "

" ইয়াম্বা ঐসু ইঞ্জগে। "

" অদুম লৈয়ো। "

নুপা অহুমদু কাখৎখ্রে। ইন্দু হান্নগী ফমফমদা কূমথরম্মী। মখোয়না করিগুম্বা তেঙবাংবা ঙল্লোই হায়রবদি করি তৌসিগে, মরূপ্পু পোদুনা পুখৎলকপা তারিব্রা, চাদবসু য়ারোই, মহাক মথং মথং খল্লম্মী।

ইকুই কুইদনা নুপা মরি লাক্লে। হান্না লাক্লম্বশিংদু অমত্তা য়াওদে। খুল্লাকপনা য়ারে হায়ররে। ইন্দু থম্মোয়নুংদা নুংঙাইজবনা মখোয়বু থাগৎলম্মী। মহাক্লা মাঙ চিংদুনা মখোয় মঙা অঙম্বদা কূমথরে।

ব্বানা শাবা কাইরাঙদা সর্জন্টপু থাঙ্গৎতুনা নুপা মরিনা পূং অমা

চঙনা অঙম্বা লম্বীদা পুখৎলকখি। মখোয়না লৌখুলগী ময়ায়থংবা শঙ য়ৌরকপদা য়াচংবা মতুং ওইরে, য়াম্না মন্নবনি। ইন্দুখোয়বু শঙ অদুদা লৈনবা শীল্লন্নগা পাখং মরি চংখ্রে। শঙদুদা মী লৈতবা কুইরবা মাল্লি। তূম্ন-হিপ্নবা ফি খরা, পুখম তেঙ্গোৎ, চফু-ইরান্নচিংবদু শিজিন্নদবা কুইরন্নগনি। অচৌবা তুম্বা তরুক ঈশিং থন্না য়াওরি। মদুমদি ইন্দুনা লাইবক ফরবনি খল্লম্মী। অমম্বদুদা হান্না উনখিবা অহলদু য়ৌরক্লে। মহাক্না চেঙ খরা, মাইরেল অমা, থুম-মোরোক অমসুং লোক্কী ঙা অকংবা খবা পীরে। লৈরংদা মৈসু থাগৎপীরল্লে। অহীং থান্নবা উচালসু খায়দোক্তুনা থম্বীবে। ইন্দুনা ময়ামদুগী মমল ওইনা লূপা য়াঙ্খে পীবদা নুপাদুনা লৌ হায়বা য়াখিদে।

নুপাদুনা হায়, “ ঐখোয় ঙসি নুংথিল চুপ্না ডাক্তর ঙাইরে। লাক্তে, আ খুন্দা লৈরি। হয়েংদি শোয়বোই হায়, মাবুসু য়েংহল্লো। ”

“ হোয় ইয়াম্বা। ” ইন্দুনা খুম্মী।

পুক্নীংদদি ইন্দুনা খল্লি, অসুক লাপ্পা চীংনুংসিদবু কদায়দগী, কনা ডাক্তরনো লাক্কদবসি।

নুপাদু হনখ্রে। উচান মৈরাগী মৈঙান্দা ইন্দু থবক তৌবদা মঙম চত্তবদি নত্তে। মহাক তুম্বা ঈশিংনা কোল-লীক , চফু-ইরান তেংথোকপা হৌবে। মহাক্কী অহানবা থবক্তি ঈশিং খবা লূম্বনি খল্লম্মী।

কুইনা শৌহল্লবা ঈশিং ঈংথহল্লগা থুম খবা হাপ্তুনা ইন্দুনা সর্জন্টকী অশোকপা মফম অমদি তৈরিবা ঈ য়াম্না ফজনা, ফার্ষ্ট এইদ বোক্স মচাদগী লশিং লৌথোক্তুনা চিথেক, চামথোক্লম্মী। অদুগী তুংদা হীদাক মহীনা অমুক চামথোক্লগা কংন তৈথোক্লে। পাউদব হীদাক খরা হাপ্লগা বেন্দেজ পুনশিনবীরে। দ্রেসিং লোইরে, চিকপা নাবা ফনবা তেবলেট অমা পীজরগা ব্রাচেৎনা শেম্বা হিপফমদা সর্জন্টপু থাঙ্গৎতুনা পোৎথাহল্লম্মী।

ইন্দু চাক থোংনবা থৌরাং অমুক হৌরে।

অহীং চুপ্পা ইন্দু তূমদনা, য়াম্না মীকুপ-নাহুম শিংনা শঙগী অকোয়বদা চত্তুনা লেনখি।

নোংঙানবগা সর্জন্টপু ইন্দুনা অশাবা ঈশিংনা মীৎ-মায়

শেংদোকপদা তেঙবাংলম্মী। অহীংদা লাইহৌ খরা লৈরম্বদু হৌজিক্তি নেমথখ্রে। সর্জন্ট হৌজিক্তি অরাম খৌরাংবা খরা খরা ফাওরক্লে। ইন্দুনা চাক থোঙ্গৎকে খল্লিঙৈদা মখা শঙদগী অঙাং অমা লাক্কুনা উতোংচাক অনী পীরে, ফোং-ফোং শারিবনি।

নুংশা হাইদোরকপা মতমদুদা ইন্দু তূম্নীংবা কন্না ফাওরে, মীৎ থোক থোক উইরম্মী। সর্জন্ট হৌগত্তুনা ফম্বা ঙম্লে। মহাক্লা ইন্দুদা ঙাইহাক তূম্ন বা হায়রম্মী।

হকচাং খরা তেকখৎলবদা ইন্দু চাক থোঙ্গৎলে। পূং তরামাথোইগী মমাংদা চাক চাথোক্লবা মহাক কন্না হোৎনরম্মী।

মখোয় অনী চাবা লোইরে। ইন্দুনা মপান্দা পুখম তেঙ্গোৎ চামথোক্লিঙৈদা মথক খুল্লাকপগী শঙদা মী খরা চঙখিবা উই। কিলোমিটর অমা ফানিংশিৎ লাপ্লবনিনা মীশক মীমায়দি খঙবা ঙমদে, অদুবু নুপী মানবা অমদি য়াওরি।

নুংথিল পূং অনীরোম তাবা মতমদা মখা শঙগী নুপাদু লাক্লম্মী।

" সাহেব ডাক্তর য়ৌরকখ্রে। লৌখুন্দা লৈবা মী পূম্নমক যেংবা লোইরে। মা হনগনি। নঙগী মরূপ য়েংহনগেরা? " নুপাদুনা থোঙজিন্দগী হায়রবনি। " মাদিকো, হয়েংদগী মখোয় আ তম্পাক্কী খুন্দা চৎকনি। "

" কনা ডাক্তরনো, কদায়দগীনো? "

" ঐখোয়গী মীনি, য়াম্না ফবনি। হৌজিক্তি ইন্ফালদা লৈখ্রে। "

" য়েংবীয়ু হায়জরুবা তারে, য়াবীরক্কদ্রা ইয়াম্বা? "

" য়াগনিদা, মপুক ফবনি। "

" অদুদি ইয়াম্বা , চৎসি। "

" চৎকনু। ঐনা পুগনি। "

নুপাদু চৎখ্রে। সর্জন্ট খরা নুংঙাইনা উই।

পূংখায় অমগী তুংদা চৎখিবা নুপাদুনা মশা য়াম্না নানবী, ব্রাং-চাউবী নুপী অমবু লোয়নদুনা লাকপদু ইন্দুনা ফক্লাং অহোবদগী উরম্মী। মহাক শউনগী অমুবা বেগ অমসু পায়রি। মখোয় অনী য়ৌশিল্লক্লে। ইন্দু মপান

থোক্লুদে।

থোঙজিন্দগী নুপাদুনা লাউরকই, " সাহেব, ডাক্তর লাক্লে। "

ইন্দু মপান থোকই, মখূৎ লোন্নদুনা নোঙ্লুকপা উৎলম্মী। নুপীদুগী চীং-লেম্বা মতৌনা মহাকপু ঙাইহাক ঙকচানহল্লি।

" মেদাম চঙবীয়ু। ঐগী মরূপপু অমুক্তং য়েংবীয়ু। "

ডাক্তর ব্রাচেৎকী হিপফমদা তিংথোক্লিবা সর্জন্টকী মনাক নক্লা চঙশিল্লকখি।

" করম্না শোকখিবনো? " নুপীদুগী লোনগী খোম্থোক য়াম্না থোৎ-নৌই।

" মেদাম, মচীন তুম্বা লী মখোক্লা থিনখিবনি। " সর্জন্ট হৌগৎনবা হোৎনদুনা হায়।

" অদুম হিপ্পীয়ু, অমুক্তং য়েংজগে। "

হন্দকসু সর্জন্ট হৌগত্তুনা খোঙগ্রাউ তাখৎকে তৌই। "

" লেঙবীগনু, ঐ তৌজগে। " ডাক্তর থুজিল্লকখি। " ড্রেসিংসিদি কনানা ... ?"

সর্জন্টনা খুম্মী, " ঐখোয় সারনা, ইশাসু মেদিক্সকী নোলেজ খরা লৈজে। "

" মদু লাইবক ফবনি। ঈ য়াম্না থোক্তুনা খুদোংথীবা নংলমগদবদগী কনখ্রে। হৌজিক হিলিং হৌরে। ঐ ড্রেসিং তৌজরমগে। এন্টি টিটানসকা লোয়ননা হীদাক অমগা কাপসি। থুনা ফনবনি। চিকপা ফনবা টেবলেটসু চাসি। " ডাক্তর ইন্দুদা য়েংলকখি, " ঈশিং খজিক্তং শাহনসি। "

ইন্দুনা লৈরঙদগী চফু থাংথরগা হায়, " মেদাম থৌরাং তৌজরে। য়াম্না কুইনা শৌরবনি। "

ডাক্তরনা হীদাক কাপ্লে। ড্রেসিং তৌরবা মতুংদা টেবলেট কুন, নোংমদা অনী-অনী চানবা পীরম্মী।

" লী ওইরম্বদু ফরবনি, ব্রাচেত্তি হূ খরা চেনগল্লি। " ডাক্তর চৎনবা হৌগৎলক্লে।

ইন্দুনা ডাক্তরদা লূপা চনী পী, " মসিনা মপা ওইবা নত্তে। "

ডাক্তর নোক্লম্মী, অদুগা শেল পায়রিবা ইন্দুগী মখুৎতু ইম্বোক্লম্মী। ইন্দু ডাক্তরগী তুংদা খোঙকাপ কুন-কুম্বা ইল্লক্লে। ডাক্তরনা মখোয়গী লোন্দা করিনো খরা হায়বদগী লাকমিন্নবা নুপাদু মাঙদা প্রপ প্রপ হাইগৎখ্রে। হৌজিক ইন্দুদা ডাক্তরনা ওনশিল্লকখি।

" ইনাওদি মৈতৈনিকো? "

" হোয়, মেদাম। "

" মিং অমসুং পার্টি হংনদে, তাক্লদবনি হায়বা ঐ খঙজে। "

" পার্টিদি মৈতৈ লালহৌলূপ অচৌবা, মপাঙ্গল লৈবা অমদা য়াওজবনি, ওফিসরনি। মিংদি ইন্দু কৌজে, তাকথোকপদা অকায়বা লৈতে। পার্টিনদি এক্সন থোল্লি। "

" অদুদি, ইনাও ইন্দু, ঐ ব্রা খরা হায়জগে। "

" তাকপীয়ু। "

" নঙগী মরূপ অনাবসি ফজনা লায়েংদবা য়ারোই; ঐখোয় চেকশিনসি। নাই চারক্তনবা নুতিগী দ্রেসিং তৌগদবনি। অদুগা লোয়ননা মহাকপু নুংঙাইনা পোৎথাহনবসু তঙাইফদবনি। মহাক য়াম্না লাংতক্লবা অমসুং মশাদা পাখৎপা অমসু য়াওরি। "

" অচুম্বনি ডাক্তর, ব্রাফমদু ঐখোয়সু খন্নে, অদুবু করিদি উপায় লৈরি। "

" ঐনা খনবদা ইনাও, নঙসি দায়িত্ব লৈবা ওফিসর ওইবতা নত্তনা পুকচেল চাউবা মীনি। ঐনা হায়জবা অমত্তং য়াবীয়ু, শোয়দনা অঙম্বা ইতেং পীজগে। "

" ঐ মেদামগী ব্রাদু খঙজনীংঙি, ঐনা তৌজগদবদু হায়বীয়ু। "

" নঙগী মরূপ অনাবসি খুন্দা পুরসি, খুল হায়বদি মোয়োন খুল্লেন্দা। নহাকসু মহাক্লা ফত্ত্রিফাওবা মফম অদুদা লৈবা তারে। ঐ হয়েং তম্পাক চৎনবা শেম শারম্বনি, তোক্লগে।

ইন্দু ঙাইহাক ব্রাখল তৌই। মহাক্কী ব্রাখল য়াম্না য়াঙখি, মথক-মখা,

খা-ব্বাং কোইচেন চেনবনি। মদু ডাক্তরনা উরম্মী।

“ খুন্দা করম্না লৈগনি? ” ইন্দু শোম্ফাংনরপ হংলম্মী।

“ ঐ নওগী ৱাখল খঙঙি। খুন্দু লোকচাউগা য়াম্না লাপ্পবা ওইদে, সিফাইশিং তোয়না লাকই। মদুগীদমক ওইববদি চিংনগনু, ঐনা ফনবা শীনগনি। ”

“ থেঙ্ক য়ু, মেদাম। ”

“ হৌজিক অনাবদু পুনবা ঐনা মী থাবক্কনি। থৌরাং তৌবীকবো। ”

ডাক্তব চৎখ্রে। ইন্দু সর্জন্টতা পাউ তম্নীংবনা শঙলোমদা প্রপ প্রপ চৎলম্মী।

# ২৭

মোয়োন খুল্লেল অপিকপা খুলনি। চান্দেল জিলাগী মনুং হঞ্জিনবা লমদা তাবা মোয়োনশিংগী খুলনি। মফম অসি মুন্না য়েংলুরবদি চানবা চিঞ্জাক ফংলগা লোইরে খন্নবা মতমদা তাখিবা মাল্লি। লম্বী থোং, উমং- ৱামং অমসুং অকোয়বগী ফিভম্না খুঞ্জাউ- লৈজাউবা ঙমদ্রবসু অরিবা খুল অসিদা পোক্লফমগী নুংশিবনা য়ুম্নাক কুনমঙাগী মীদি ফাজিন্দুনা থল্লি। মখোয় খুলসিগীদমক চাউথোকচবা খক হন্দে। লোকচাউগা ফাওনবা লম্বী অমা শেমখ্রবা তুংশিদদি মখোয় মোরে নত্রগা মৈতে তম্পাক্তা খংনক নকশিন্নখ্রে।

ইন্দুগা সর্জন্টকা মোয়োন খুল্লেন্দা লৈরকপা চয়োল অমা ফারে। ডাক্তরনা চেকশিন্না লায়েংবীবদগী সর্জন্ট অসুক থুনা ফখিবনি হায়বা ইন্দু খঙজি। অদুগা লোয়ননা লোকচাউরোমদগী লাকপা আই. এফ. কাঙলুপ কয়াদগী মখোয় অনিবু লোৎনবা হোৎনরিবা ডাক্তরগী অৱাবা উবদসু মখোয় অনী নুংঙাইজদ্রে। মখোয় খুল অসি থাদোক্কুনা য়াম্না চৎনীংলবনি। মরম অদুনা ঙসিদি ইন্দু ডাক্তরদগী দিসচার্জ নিবা লাক্লম্মী।

" মেদাম, ঐখোয় চৎচবা য়ারদ্রা? লমনসি চাউমন্না তোনশিল্লে। "

" অনাবনদি করি হায়রি? " ডাক্তর শেংনা খঙনীংবনি।

" য়াম্না ফরে, নুংঙাইতবা থোইনা লৈত্রে হায়। "

" নুংঙাইবা ৱানি, অদুবু মহাক চোং- ফনবদি য়াখিরোই। চেনবা নত্রগা শাংনা অঙম্বা কাবসু ফরোই। নীনি- হুম্নিখক্তংগা লৈখো। "

" ফনি, মেদামগী পাউতাক ইঞ্জগে। " ইন্দু ডাক্তরদা তৌবীমল খঙবা উত্তুনা, য়াম্না ইকাই খুম্নুনা য়েংলম্মী, " লায়েংবীবতা নত্তনা ঐখোয়বু য়োকপী থাকপীরে, খুদোংথীবা তাগদবদগী কয়ারক কনবীরে। শিংঙম্নরোইদবা লমন তোঞ্জরবনি। অদুবু মেদাম, নহান ঐঙোন্দা থৌদা অমা শিন্নগনি হায়বীখি। মরমদুদি ঙসি ফাওবা তাকপীদ্রি। কাউবীখ্রব্রা? "

ডাক্তর নোক্লম্মী, "করিগী কাউগনি। ইনাও সাহেবনা ব্রাফমদু নীংশিংদুনা লৈরম্বসিদা ঐ অফবা মহৈ ফংলগনি খল্লি। হৌজিক নঙোন্দা ঐগী থৌদা শিন্নবা মতম লাক্লে, পুক্লীংদি খরা চঙবীবা তারবনি। "

" মেদামগী থৌদাদু পাঙথোক্ত্রিমখৈ ঐ পুক্লীংদা শান্তি ফংলোই , হায়বীয়ু করি থবক ওইরবনো? "

" ইনাও, অহানবদা ঐ ব্রাফম অসিমত্তং শেংদোকচখিগে। ঐনা হন্দক নখোয়দা তেঙবাং খরা পীবসিগী লমন থৌবনি হায়না খনবীবদি য়াদ্রে। ঐ নঙোন্দগী নতেং অমা শেংনা নিজবনি। নহাক ব্রাখল লৈবা, পুকচেল চেৎপা মী অমনি হায়না খনবদগী ব্রাফম অসি ঐনা হায়বসু ঙল্লিবনি। "

" মেদামগী পুকচেল খঙজরে , মখা তাবীয়ু। "

" নহাক ইম্ফালগী মন্ত্রী পুখ্রী হায়বা লৈকাইদু খঙলমগনি। "

" খঙজে। " ইন্দু ঙক্কক য়েংঙি।

" মফম অদুদা শকুন্তলা হায়বী নুপী অমা লৈ। মহাক্কী অমখক্তং পোকচবী মচা নুপীগী মমিং বালা কৌবনি। মহাক শিল্লোংদা ইক্সকর্সন চৎখিবদগী হল্লকখিদ্রে। পুলিসনা পীবা পাউগী মতুং ইন্না মহাক মৈতৈ লালহৌবা কাঙলুপ অমদা য়াওখ্রে। করম্বা পার্টিদনো হায়বদি তংদাংবা খঙদে। নখোয়গী পার্টিসিনদি য়াম্মিদো। মহাক্কু হিংলিব্রা নত্রগা শিখ্রব্রা হায়বসু খঙনদ্রে। মহাকপু শকখঙদবশিংনা শিল্লোংগী রেষ্টুরেন্ট অমদগী ' শান্তনুনা কৌরি ' হায়না থাজহল্লগা পুথোকখিবনি। মদুগী সাক্ষীদি চৎমিন্নবশিংনা পীখ্রে। শান্তনু কনানো মখোয়না খঙদে। ঐনা হৌজিক ইনাওদা হায়বা পাল্লিবসি, বালা হায়বীদু করম্বা পার্টিদা য়াওবনো, মহাক

হিংলিব্রা নত্রগা শিথ্রবা হায়বসি অমুক্তং থিদোকপীরগা ঐঙোন্দা পাউ অমত্তং পীবীয়ু। ”

ৱারী মুন্না তারম্বা ইন্দু ৱাশকপগুম চেকশিন্না হায়রকখি, “ থবক অদু ঐ শোয়দনা পাঙথোকচগনি। অদুগা মেদাম, নুপীমচা অদুগী মরীদা অদুক য়াম্না পুক্নীং চঙবীবগী মরম খঙজবা য়াগদ্রা? ”

“ নহাক্কী খঙনীংবা অদুনা থিবগী পাঙ্গল হাপসনু। ” ডাক্তর নোকপদা নুংঙাইজদবা লোয়নরি। “ ঐঙোন্দা নোংমা শোয়দনা নহাক্না পাউ অসি য়ৌহল্লক্কনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি, মতম অদুদা নহাকসু খঙনীংবগী খৌরাংবা কোকখিবা য়াই। ”

“ মেদাম ঐ ভাব তাজরে। ৱারৌবীগনু। ”

ডাক্তরনা ইন্দুদা বিজিতিং কার্দ অমা পীরগা হায়, “ঐবু থিরকপদা খুৎলোয়নবা মসি লোয়নবীয়ু। ঐদি লৈফম য়াম্মী। ঐনা তমজরুবা খরসিনা মীয়ামগী সেবাগীদমক কোয়চেন চেঞ্জবনি। ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা য়ুম্বু হনুবীসি ইমাগী মনাওনুপীনি? তম্পাক্তা লাকউ হায়বা শুকয়ামক য়াখিদ্রবনি। মহাক্কী পুন্সিগী অরোইবা য়ৌরক্কবা মতম অসিদা অমুক্তং ঐনা মাবু উনীংবা লোয়নননা খুল অসিগী অনা- অয়েক লৈবা ইমুংশিংবুসু তেঙবাংজনীংদুনা ঐ লাকখিবনি। ঐগা ইনাওখোয়গা থেংনবসি লাইবক য়াম্না ফবে খল্লি। ”

– ইন্দুনা কার্দ অদু পাদুনা য়েংঙি — ডা.এ. মোয়োন, এম. দি. হায়না ইবি।

ডাক্তর লৈহৌবে। ইন্দু সর্জন্ট লৈফমদা হল্লকখি। হাপ্তা অমরোমসি ডাক্তরনা মখোয়বু য়াম্না নুংশিনা লোয়নবী। মখোয় য়াম্না তোয়না ৱারী ৱাতাই শাবা ফংবদি নত্তে। ইন্দু অমসুং ডাক্তরগী মরক্তা অচেৎপা ৱা অমা লৈরবসু মপূং ওইবা মরীদি লায়েংহনবা অমসুং লায়েংবীবনি। মরক মরক্তা রেডিও অমসুং চীঙ্খাং পাউ খন্নবা মতমদা য়েংশিল্লকপগী, লালহৌবশিংনা মীয়াম সেবাগী মহুৎতা ওৎ - নৈবা, শক্তি কা হেন্না শীজিন্নবা, মীয়াম্নসু মচা মশুনি খন্দোকপা ঙমদনা কিনরকপগী মরম কয়াসি খন্ন- পন্নখিদবদি নত্তে। য়াওল্লুপ কাঙবু খরনা লৈখা তানা মাঙলগদবা মনিপুরগী

পরীক্ষাশিংগী মওং চুমথোক্লবা হোৎনবা, পুকচেল শেংদবা ওফিসরশিংবু চৈরাক পীবা, ডাক্তরশিংনা মখোয় মশাবু লাই ওইনা খঞ্জদুনা শেল খক্তা উরকপদা মীৎয়েং চুমহন্নবা হোৎনববু মীয়াম্মা থাগৎনবদু পন্নখি। অদুগা লালহৌলুপশিংগী পান্দম থুনা ফংনবগী মতাংদদি মখোয় মশেল অমত্তা ওইনা পূনশিন্নদুনা লিংজেল মান্ননা অহৌবা খোল্লাউ থোকহনবা ঙমদ্রিমখে ওইররোই হায়বসি মহাক্কী ব্বারোইশিন হেক্তা ওই। ইন্দু অমসুং সর্জন্টকী ব্বাফমসু মদোমদা ঙামথবনা য়েৎনবা করিমত্তা থোকখিদে।

ডাক্তরদগী নোংমা ঙনখৎনা ইন্দু অমসুং সর্জন্ট মোয়োন খুল্লেন থাদোক্লম্লে। তপ্পা তপ্পা লাকখিবা মরূপ অনী নুমিৎ হুম্নীগী তুংদা খেংজোই থুংলম্মি। মফমদুদা পার্টিগী মী য়াম্না পূল্লম্লে। মখোয় থুংলবদা পার্টিনা হরাও- তয়াম্বা ফোংদোক্লখি। মফমদুদা বালা অমসুং মহাক্কী মতাদি উদে। মখোয় অনী ম্যানমার মনুংদা নৌনা হাংদোকপা কেম্পতা লৈখ্রে হায়না তম্নরক্লে।

ইন্দুনা বালাবু য়াম্না উননীংখি। অদুবু মহাক লমদম তাম্না লৈখ্রবনি। মহাক্কী মতুং ইন্নরুবদা ফজদবা অমা থোক্কদৌরি। হৌজিক মহাক্না মীকুপ কাংদনা খল্লিবসি ডাক্তর এ. মোয়োন্না থিরিবা নুপীমচাসিবু মখোয়গী বালাসি ওইগদৌরিব্রা? মশক- মতৌ, শাওং- শাবান হংহৌদ্রবসু ব্বারীগী লীখুন খরনদি য়াম্না নকশিনহল্লি।

ইন্দু হৌজিক নীংঙল্লক্তবা খরা লৈরে। তাঞ্জা অমদা বালানা মখোয়গী মমা- মপাগী মিং অমসুং লৈফম তাকখ্রবনি। থোইদোকপা দরকার লৈখিদবনা পূক্নীংচঙনা তাখিদে, কাউথোকপা থুখি। চৎনবী অমনা মহাক বালাগী মরমদা মখা তানা করিসু হংনীংখিদে। মহাক কয়াদা অপঙবা, ব্বাখল লৈতবা তারবা। বালাবু বালানি হায়না তাক্লুরগা শোয়গদ্রা হায়বগী চিংনবা লৈরবনি। মহাক করম্বা মতমদা, করি উপায়না বালাবু অমুক্তং উনসিগে হায়না হঞ্জিন হঞ্জিন খল্লক্লে।

ইন্দুদা ব্বাফম অমনা মীকুপ কাংদনা নীংশিংহনবসু লৈরি। মহাক্লা মমা লৈবাক্কীদমক পুন্সি কৎলগে হায়না ব্বারেপ লৌরমদাইদা ব্বাফম অমনসু কন্না তেঙবাংলকখিবনি। মঙোন্দা থৌইনশিন পীখিবা ব্বাফমদি— দিলিপ

থিবা; ময়াম্বগুম নুংশিজরবা দিলিপকা অমুক্তং উনবা। মহাক্না নীংশিংলকপা অমসু লৈরি — পুলিসকী খুৎতগী নাম্বোরকপা অমগা আই . এফ. না ফারুরবা নুপা অমগনা তমখিবা লৈ; মখোয়দা শান্তনু এলাইজ দিলিপ হায়বা নুপা অমা মখোয়গী পার্টিদা য়াওব্রা হায়না তকখৎলকখি, লোয়ননা ইন্দু মশামক্কী মিংসু হংলকখি হায়। ব্রাহং অসিদগী শান্তনু অমসুং দিলিপ মীশক অমত্তনি , লোয়ননা হিংলি হায়বসু তাক্লবনি। অদুগা মহাক লালহৌলুপ্তা তিনখিবগী থাজবরোমদসু নকশিল্লি। মহাক্না য়াওখিবা পার্টিদু করম্বনো খঙদবগী ব্রানি। মরম অদুনা ইন্দুনা দিলিপ থিবগী ব্রাফম খক থাদোকপা ঙম্লমদে।

পার্টিনা হন্দক মী খরদা হে- শিংবা অমসুং মখোয়গী কৎথোকপগী থৌনা য়েংলগা ফমথোন হাপ্পদা ইন্দু অমসুং বালাসু য়াওরে। ইন্দুনা মেজর, বালাবুনা লেফটিনেন্ট। হৌজিক্তি ইন্দুনা পায়খৎলকপা পার্টিগী থৌশিল- থৌরাং লুচিংবশিংনা তাবীরবনি। মতম কয়াগী মমাঙদগী ইন্দুগী পুক্নীংদা লৈরিবা অপাম্বসি, মনিপুরদা তোখাই তোখাই চোংথোক্লরিবা লালহৌলূপ পূম্নমক অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা, লমজীং অমগী মখাদা মনিপুরগী নীংতম লালহৌ কনশিলহনবা, অমসুং মীয়ামগী ঈশ্হন খঙনা থবক তৌবা অসিনি। মনিপুর প্রজা মীয়াম্না, মখোয় পূম্নমক মুৎথ্রবসু য়ারে, ভারতকদি পুল্লরোই হায়না খোল্লাউ অমত্তং লাউহনবা ঙম্বা নুমিৎতা লালহৌবশিং মায় পাক্লবনি, মনিপুর নীংখা তম্লগদবনি। মসিবু করম্না ওইথোকহনসিগে হায়বসি ইন্দু তত্তনা খল্লম্মী। অদুগা ব্রাফম অমনা, ইন্দুনা লুচিংবা কাঙলূপ অমদা শিন্নখিবা মনিপুর তম্পাক্কী প্রজা মীয়ামদগী খোমখৎখিবা রিপোর্টশিংদসু মসিগী ব্রাফমসি শিনফম খুদিংমক্কী মীশিংনা পল্লক্তবা য়াওখিদ্রবনি, লুচিংবশিংগী নাকোংদা য়ৈথ্রবনি। মরম অদুনা ব্রাফম অসিগা মরী লৈনবা, ওইথোকপা য়াবা লম্বী অমা থিবদা, মরু ওইবা পার্টি খুদিংমক্কী লুচিংবশিংগা উনদুনা পাউ ফাওনবগী লাইএসন ওফিসরগী ফমসু ইন্দুদা শিন্নরকখ্রে। থবক অসি য়াম্না থুনা পায়খৎনবা পাউতাক মথক্তগী শীরকপগা লোয়ননা মঙোন্দা তেঙবাংনবা মীসু খনবা য়াগনি হায়রকখি।

ইন্দুনা পার্টিগী লুচিংবশিংদা মঙোন্দা শিন্নবা থবক পূন্নীং চঙনা হোৎনজগনি হায়না অয়াবা চে থাখ্রে। তাঞ্জাসিদা মহাক দিলিপ থিবগী খুদোংচাবা অমসু ফংগদৌরি খল্লম্মী।

লাইএসন ওফিসর কম মিসন কমাণ্ডর ওইরবা মেজর ইন্দুনা মহাক্না খোঙলোই ওইনবা লানঙম তরেৎকী মিং পীবদা মহাক্কী মরূপ সর্জন্টসু য়াওরি। ইন্দু হৈনীংবা য়াম্না পোকখ্রে।

ইন্দু য়াম্না থুনা থবক পায়খৎখি। পার্টি ' বি 'গী মরু ওইবা মীশক অমা মোরেদা লৈরে হায়বা তাবদগী মহাক খোঙলোয়শিং পুদুনা উনবা লাকখি।

' বি ' গী লুচিংবগা ইন্দুগা উনরে। পূং অমা চুপ্পা ৱারী শান্নরে। ৱাফম অসিগী মরমদা ' বি 'গী লুচিংবশিংগী মরক্তা ঙাঙনরকপা কুইরবনি হায়না ফোঙদোক্লকখি। য়াম্না থুনমক ময়ায় লোয়শঙগী মিটিংদা পুখৎতুনা খন্নরগনি হায়বা লুচিংবদুনা ইন্দুদা থাজবা পীবম্মী। মহাক য়াম্না হরাউরম্মী। অদুবু মহাক্না মখা তানা হংখিবা ৱাহংগী পাউখুমদা দিলিপ কৌবা অমা পার্টি ' বি 'দা য়াওরকখিবা লৈতে হায়না শেংদোরকখি।

পার্টি ' বি ' গী লুচিংবা মরূপ্না পার্টি ' সি 'গী লুচিংবা অমগী লৈফম তাক্লকখি। মহাক্কসু ৱারী শান্নবদা শোয়দনা কান্নগনি হায়নসু পুক্লিং থৌগৎলক্লে। মরম অদুনা ইন্দুখোয় কাঙবু শিবপুরিখান তম্না চৎপা তারে। মখোয় মনিপুরগী জিলা তরুক হায়বদি, চান্দেল, থৌবাল, ইম্ফাল, বিষ্ণুপুর তমেংলোং অমসুং চুরাচান্দপুরগী লম ফাওদুনা চৎকদৌবিবনি। খ্বাইদগী ফরে খনবা খুৎলাইশিং খন্দুনা পায়নরে।

পল্লেল ফাওবদি মতেক মতেক গাড়ীগী মতেং লৌরকখ্রবসু, তম্পাক লম্বী তাবদগীদি ইন্দুগী কাঙবু অহীংগী খোঙচত্তা তাবে। নুমিৎ মঙানিগী তুংদা মখোয় সঞ্জেনবমদা থুংলম্মী। মফম অদুদগী মখোয অহীংদা বিষ্ণুপুর তারগা চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্ট লানশিনবগী পান্দমদা খোঙশানবা হৌরম্মী।

কৈনৌ য়ৌরকপদা আই. এফ.কী কাঙবু মফম খুদিংদা চাইখাইদুনা লৈরে হায়না পাউ ফংবদগী মখোয় বুংতে চিরুরোমদা হাইগৎলগা দোলাং

তাগ্রসি খন্নরে। বুংতে চিরু চীংখোঙমক্তা আই. এফ.কী পেট্রোল্লিং পার্টি অমগা অহীংদা থেংনরে। থাজদবনি। ফজনা খূৎথোক্লরে। অকনবা লান্নি। অদুবু ইন্দুগী পান্দমদি নাম্ব্বোক্তু না চেনবনি। মহাক্কী মী মাঙহনবা য়াদে? মরম অদুনা মখোয়গী কাঙবু ইম্খোল চুরক্ত। ফাওদুনা ইরায় লায়না নাম্বোরকখি। অদুবু লম্বী লীখুন থিদনা নোংচুপ চীংদোম তম্না নারক্তা, অঙম্বদা মখোয় চেল্লকখি। নোংঙাম্বোরকপদা মখোয় হৱাগাড়ী টাটা ত্রকশিং চৎপা সড়ক অমা থেংনরে। মদু দোলাং লম্বীনি। মদোমদা ইল্লবদি তমেংলোং জিলারোমদা চঙশিনখিগদৌ খন্নদুনা মখোয় খা নোংচুপ পাংলকখি। মথং নুমিৎতা মখোয় চুরাচান্দপুর জিলাগী মনুংদা চৎলে হায়বা ফজনা খঙনরে। খোঙচৎ অসিগী তরামঙানিসুবা নুমিৎতা ইন্দুখোয় কাঙবু লৈমতাক্তগী বাঙ্গাই বেঞ্জ তল্লম্মী। অৱাবনি মফম অদুদা মখোয় য়েক্লবগী এম্বুশকী লাংদা থুখি। ইন্দুগী লানঙমশিংনা হৈ- শিংবা অমসুং থৌনা কয়া উৎখি। অদুবু য়েক্লবশিংগী খূৎতা পাম্মুরবা, নুংশিরবা লানঙম অনী মথ্বায় থাখি। মখোয় খূৎ হনবা ইঙম ঙমখিদে। য়াম্না ৱানা নাম্বোরকখিবা মখোয় তরুক মরূপ অনীগীদমক তেংথাখি, কপখি। লানফমদা হেঞ্জিন্না ৎৱায় পিকশিল্লুবগী মাঙজবা কয়া নীংশিংদুনা মখোয় চীংলোন লানবা হৌরম্মী। ইন্দুনা খল্লম্মী, অপূনবা ঈহৌ অমা শাগৎনবা হোৎনবদা মখোয়গী মী বলিদান তৌবা হৌরে।

চপ চানা নুমিৎ তরানিপান্নিগী মতুংদা ইন্দুখোয় শিবপুরিখান্দা থুংলে। মফম অদুদা লুচিংবদু লৈরমদ্রে। অদুমকপু নোংমা চুপ্না বারাক তুরেল মরিন্দা হাইথরবা তুংদা মখোয় পার্টি ' এ ' গী কেম্প অমদা চঙলম্মী? মখোয়গী লুচিংবনা ইন্দুখোয়বু হরাওনা ওকখি। চামিন্নে, থকমিন্নে। ইন্দুগী পাউজেল ৱারী হৌদোক্লুবা মতমদদি মহাক থোইনা খোইজঙনা তাদবগুম তৌই। পার্টিগী অহলশিংদা পাউ পীদুনা য়েংগে হায়বদগী হেনখিদ্রে। অদুগা মখোয়গী পার্টিদা দিলিপ কৌবা য়াওদে হায়নসু ফোংদোরকখি। ইন্দু পার্টি অসিগী কেম্পতা লৈতানা লৈবা ঙমখিদে। অদুম ওইনমক মখোয়গী চেকশিন্না শেল্লবা কেম্পকী কমাণ্ডর অদুনা শিবপুরিখান্দা মখোয়না উনবা ফংখিদ্রবা নুপাদু শোয়দনা গুৱাহাটীদা লৈরমগনি হায়বা

তাক্লকখি। মখোয়গী পার্টিনা ইন্দুদা থাজবা ব্রাৎপদগী মহাক্কী লৈফম খঙহল্লক্তবনি হায়নসু তম্লকখি। অসুম্না য়াম্না হৈনদবা উৎখিবা ‘ এ ’ গী ওফিসর অদু তুংদদি ইন্দুগী মিসনবু য়াম্না থাগৎলকখি। মহাকসু অঙম্বা উপায় পুথোক্তু না মহাক্কী পার্টিদা অপূনবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনহনগনি হায়না চেৎনা হায়রক্লে। ঈহৌগী শক্তম পান্দম কায়রকপদা মহাক মশামক্তি য়াম্না ইকাইজরবনি হায়নসু শেংদোরক্লে। ইন্দু য়াম্না হরাওনা ‘ এ ’ গী কেম্পতু থাদোক্লম্লে।

হৌজিক ইন্দুখোয় ‘ সি ’ গী লুচিংবা থিবা গুৱাহাটীদা চৎপা তারবনি। মরম অদুনা মখোয় লখিপুর তম্না লাক্লে। মফম অদুদা মখোয় মথক্কী পাউতাক ঙাইদুনা নুমিৎ নীনি পল্লম্মী। মথক্তগী পাউ পীরক্লে, ইন্দুগী মিসন্দা গুৱাহাটী য়ৌনা চৎপদু য়ারে, তৌবতবু মখোয় মী অনীখক্তা চৎকদবনি। খুৎলাইসু পিস্তোল অমদগী হেন্না লোয়নবা য়ারোই। মখোয়গী মী তরুক্তু মখা তাবা পাউ লাক্তি ফাওবা খুৎলাইশিংদুগা লোয়ননা লখিপুরগী লমদা অদুম লৈহনগদবনি।

ইন্দু মহাক্কী মরুপ মরী থম্লম্লগা সর্জন্টকা লোয়ননা গুৱাহাটী য়ৌবগী থৌরাং পায়খৎলে। মখোয় অনী দিমাসা মরূপ খরগী মতেং লৌদুনা লমদিং তারক্লে। মফম অদুদগী রেলগাড়ীদা গুৱাহাটী থুংলম্মী।

ইন্দুখোয় গুৱাহাটীদা লৈবা নুমিৎ মঙানি শুরে। মরূপ ওইবা আসামগী খূৎকনবা লালহৌলুপ অমগী মতেংদগী ইন্দু চৎথোক চৎশিন্দা অৱাবা কয়া ওইখিদে। চাউরবা সিতি অদুদা পার্টি অমনা অমগী মী থিবা অরাইবা নত্তে। অদুবু মখোয়না শীনবীদুনা ইন্দু ‘ সি ’গী মচীন চৎপা নুপাদু উনবা ফংলে। মহাক্লা ইন্দুখোয়গী পার্টিনা লৌরিবা খোঙথাংদু য়াম্না থাগৎলকখি। ফিরাল অমগী মখাদা ঐখোয় নীং তম্বা তানফম থোকই, মদুদতা ঐখোয়গী পম্বুং নকশিল্লকদৌরিবনি অমসুং মায় পাক্কদৌরিবনি হায়বসি মহাক শন্দোক্লা চামরক হন্না হায়খ্রবনি। অদুবু ঐতিহাসিক ওইরবা ময়ামগী অপূনবা মিটিং অদুদি বংলাদেশকী মফম অমদা পাঙথোক্লসি হায়না অপাম্বা মত অমদি পীরকখি।

ইন্দু মহাক্লা উনগে খনবা মরু ওইবা পার্টিশিংগী অখন্নবা মী খরা

ফংজরে, খরসু ব্রাৎলি। মহাক্কী পুক্লিং ব্রাখল য়াম্না চাউখৎলক্লি।

নোংমা ইন্দু আসামগী অকনবা পার্টি অমগী মহাক্কা ফম মান্নবা নুপা অমগা ফম্মিনরম্মী। মখোয় অনী চা থক্লা থক্লা ব্রারী শান্নরকপা কুইরে। নুপা অদুনা ইথা থাজদনা হৌদোরকপা ব্রাফম অমগা মরী লৈনবদা পল্লকখিবা মিং অমনা ইন্দু শ্বাই লাউহনখি। মহাক য়াম্না খঙনীংবা ব্রাফম অমা ওইরে।

ইন্দুনা হংঙি, " শান্তনু হায়বদি কনানো? "

নুপা অদুনা শন্দোক্লা তাকপা হৌই, " নহাক খঙবীহৌদব্রা? ঙসিদগী চহী মরিরোমগী মমাঙদা নখোয়গী পার্টিগী মী খর মফমসিদা লাক্লুনা শান্তনুবু ফানবা ঐখোয়গী ইতেং নিরখি। শান্তনুদা শীরকপা মরান্দু নখোয়গী পার্টিবু মাঙহন্নবা শীল্লি হায়বগীনি। মখোয়না সাক্ষী পীবদা, নখোয়গী মী অনী মহাক্লা খুজীন তৌদুনা পুলিস অমসুং আসাম রাইফলসপু হাৎহনখ্রে হায়। অদুগুম্বা খুরক্কী ঈনা লাই শাবদু ঐখোয়গীসু য়েক্লবনি। মরম অদুন্না শান্তনুবু ঐখোয়গী খূৎচন্নবা ইশামক্লা হোৎনখি। মহাকপু কৌখত্তুনা ঐগা উনৈ, মচীন হংঙি। মহাক গুৱাহাটী আই. আই. টি.গী ওঝানি। লৈপাক্লা শকখঙনবা সাইন্টিষ্ট ওইরম্লে। মহাক্কী থাক, ব্রাখল, পুকচেল অমসুং অচম্বা মতৌ উরগা মঙোন্দা শীরিবা মরাল অদু ঐ কয়া থাজখিদে। নখোয়গী পার্টিনা মহাক্কী কেশতু অমুক হন্না খন্থবীনবা অমদি, মহাকপু আসামগী মনুংদা মখল অমত্তগী চৈরাক পীবীদনবা, মনিপুরগী ঙমখৈদা পুশিন্দুনা মঙোন্দগী অশেংবা ব্রাফম খঙদোক্লবা বিচার অমত্তং চৎথবীনবা হায়জখিবনি। মমল য়াম্লবা ওঝা অমা হাৎলুবদা ঐখোয়গী পার্টিদা চর্চা য়াম্না তৌনরক্কদবা লৈ। ঐনা হায়জখিবদু য়াবীদুনা মহাকপু শিলচররোমদা পুখিবনি। মহাকপু ফাদুনা পুরিবা কাঙবুগা সি. আর.পীগা শিলচরদা, অহীং অথেঙবদা খূৎথোক্লখ্রে। মদুদা মহাক নাম্থোক্লুনা চেনখি। মফম অদুদগী মহাক্কী মরী- মখোঙ অদুম খঙখিদ্রে, মাঙখ্রবনি। ঐখোয়গী লুচিংবশিংগী রিপোর্ট মতুং ইন্না মহাক মরাল লৈজদবা ইচম চম্বা অফবা ওঝানি হায়বা খঙলকখি। ঐ য়াম্না নুংঙাইরকখিদে। মরূপ, ঐনা তাজবদা, ব্রাখল লৈতবা, মশাগীতা খনবা, করাম চাউবা, কল্লক খম্বনবা কাংবুনা হুঞ্জিল্লকপা ব্রাফমদা য়ূম্ফম ওইরগা

মরাল লৈজদবা কয়াবু মনিপুরগী খূৎলাই পায়বা লালহৌলুপ খরনা চৈরাক পীখিবগী থৌদোক য়াম্না লৈখ্রে হায়। মসিগুম্বা থৌওং, খুন্নেক চৎপা মানবা, পুকচেল পীকপা মতৌসিদগী ঐখোয় চেকশিনবা ফবনি।"

ইন্দু মমায় ঙাঙতক তৌই, "চুম্মী মরূপ, পার্টিনা খন্থবা ব্রাৎহৌবা মীকুপ্তা মরাইবক থিবা কয়া অব্রা- চৈথেং ফংখিবনি। মসি মনিপুরগী লালহৌবশিংগী ব্রা ঙাক নত্তে, হোয়, নীংথিনা লাকশিন্দ্রবা কাঙলুপ্তুনা হেন্না থোক্কল্লি হায়বসিমদি চুল্লে। অদুগা মরূপ, হৌজিক ফাওবা শান্তনু হায়বা নুপা অদুগী পাউদি মখা করিমত্তা তাখিদ্রেকো?"

"ফংখিদ্রে। পুলিসনদি মহাক হিংলি, লালহৌলুপ অমদা য়াওখ্রে হায়রি।"

"শান্তনু হায়বদুবু করি লমগী মীনো?" মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমা লৈব্রা?

"মহাক্না পীখিবা জবান্দা, মহাক মনিপুবগী ককচিং হায়বা লমদুদা পোকপনি হায়। লাইরিক- লাইশু তম্লকফম অমসুং চাউরকফমদি আসামগী মনুংদনি। অহোমিয়া শেংনা ঙাঙবনি। আর্মী অমসুং পুলিসকী মায়কৈদগী মহাক দিলিপসু কৌই হায়খ্রে।"

"মহাক্কী মরীমতা শিংদি লৈরি হায়ব্রা?"

"মখুরা অমদগী হেন্না লৈত্রমাল্লে। নুপাদু মতমদুদা চহী কুন্থ্রামরি- মঙাদগী য়াম্না হেনখিরোই। মহাক লুহোংখিদ্রি।"

"মশক- মতৌ অমসুং ফিভমদু অমুক্তং হায়বীয়ু।"

"কুচু পাল্লি, ব্রাংঙি, মরেপ্না ঙমতক তৌই। মশক ফজে, য়েংবদা নুংশিবা পোকই। অদুগা...।" মেজরদু ইন্দুগী ওয়গী খূৎশাদা মুন্না য়েংঙি।

"কৈদৌরগে, সার?"

"মহাক্না সিবা খূদোপকা, নহাক্কীসিগা য়াম্না মান্নে। ঐনা খনবদা, নখোয়গী খূদোপকী নুঙসি ইচম চম্বা নত্তে, মমল খ্বাইদগী য়াম্বা নূং মখলনি। ফংবদসু য়াম্না ব্রাবনি।"

ইন্দু মহাক্না সিরিবা খুদোপ অসিগী মমল সনাগী খক্তা পারুই,

নূংগী ৱাদি খক খল্লুদে, মশক অমসুং মমল খঙজদবনি। খুদোপ অসি মশক নাইরমগ্রেদা, মহাক অসুম খল্লকখি।

ইন্দু নোকফেৎ তৌই, " মান্নবা খুদোপ সিরিবসি ৱাখল মান্নবসু ওইরম্বা য়াই। "

" চুম্মী, ৱাখল মান্নরবদি অপাম্বা পোৎশকসু মান্নে। "

মরূপ অনী ৱারী শান্নবা লোইশিল্লে। ইন্দু পুক্লিংদা ফাওরম্মী, চৎপা কল্লগা লমখঙডি, হংবা কল্লগা পাউ ফংঙি।

ইন্দুগা সর্জন্টকা গুৱাহাটী থাদোক্লল্লে। মখোয় অনী লমদিং ফাওদুনা হাফলোং য়ৌরকখি। মফম অদুদা কর্বি আলোংগী খূৎলাই পায়বশিংগী কেম্প অমদা মখোয় অনী পল্লম্মী। লালহৌলূপ অদুগী মতেং লৌদুনা লখিপুর অমসুং জিরিবামগী লমদমদা লৈহৌবা মখোয়গী মীশিংবু খূৎলাইগা লোয়ননা কৌহনখি।

চয়োল অমগী মতুংদা ইন্দুগী মী তরুক অমুক পুল্লবদা মখোয় য়াম্না হরাউনরে। হন্দক চৎকদবা লম্বীদি মখোয়দা য়াম্না নৌনা থোক্কদৌরি হায়বা ইন্দুনা তাক্লম্মী।

মখোয় হাফলোংদগী - লেংলোং - য়াংখুলেন অহানবা লম্বীনি। য়াংখুলেন্দগী জুকো ভেলি - তদুবী - তুঙম - তুংজোয়না অনীশুবা। তুংজোয়দগী - লায়াই - ভসিচো - ইরেং তুরেল - সিবাসি - জেসামি - চকেশাং - ম্যানমার অহুমসুবা লম্বীনি। শাংলবা খোঙচৎনি। মখোয় পূন্নমক থৌনা লৈনবা ইন্দুনা কন্না হায়রম্মী। মখোয় হাফলোং থাদোক্লে।

থৱান থাগী পুর্ণিমা মতুংদনি, মখোয় তরুক অহীং থাবলদা শাংলবা চীং লম্বীদা চৎখিবদু। নোংজু পাম্থাগী মমৈ ওইরক্লবসু চীংজাউশিং নোং লেপ্তুনা চুবনা চৎপদা পাঙ্গল থোক্তে। য়েক্লবগী অকিবদি ফনা য়াম্না কোকহল্লি। কমলা লৌকোল কয়া থেংনবদুনা মখোয় লেংলোংগী লম য়ৌশিল্লকলে খল্লম্মী। মখোয় তুরেল অমসুং লোক তোয়না তোয়না লান্দুনা লাকখি। হুম্নি শুবা নুমিৎতা লেংলোং খুল য়ৌরে। মফম অদুদগী অমুক খোঙশাল্লকপনা নিপান্নিশুবা নুমিৎতা য়াংখুলেন থুংলম্মী। মফম

অদুগী নূংগাই লম্বীশিংদা শন্দং খরা থেংনবদা মখোয়বু তেংনৌপলগী লমদম নীংশিংলকখি। খুন্দুদা নোংমা পোৎথারবা তুংদা ইন্দুনা মহাক্কী মীশিংবু জুকো তম্পাক তম্না পুরম্মী। ঙমখৈ খুঞ্জাশিংনা মণিপুরগী ফজরবা লম অদুবু ঙাকশেনবদা থেংনখিবা অৱাবা অমসুং খুদোংথীবগী ৱারী তারগা মখোয় পিরাং শিন্থখি।

মণিপুরগী লম অতোপ্পগী ওইবা য়ারোই হায়বা অচেৎপা ৱাশক ফোংদোক্লরবা মতুংদা মখোয় তরুক অমুক তদুবী তল্লক্লে।

ইন্দুনা মাঙজৌননা য়াৎখিবা লম্বীদা মখোয় কায়দনা চৎলম্মী। থাখাই অমগী তুংদা তুংজোই য়ৌরে। চৎপা কুইমল্লকপদগী সর্জন্টকী ফৈগন্দা মমাঙদা শোকখিবদু কন্না নারে। মহাক চৎপা ঙম্লরোই হায়রম্মী। অৱাবনি! মহাক ইম্ফাল্লোমদা লায়েংনবা থোকখিবনা ফরগনি খন্নদুনা, অতোপ্পা কাঙলূপ অমগা মনিপুর তম্পাক য়ৌনবা লোয়নহনখ্রে।

ইন্দুগী খোঙলোয়শিং হৌজিক মীশিং তরামঙা শুরে। মখোয়গী মরক্তা নেপালী, মৈতৈ পাঙল, তাংখুল, কুকী শুনা য়াওরে। বোর্দর লাম্থোক- লাম্সিনগী থবকসি নোংজুথা নত্রগা নিংথমথাদনা খ্বাইদগী ফবা মতম্মি হায়না লৌনবনি। অদুবু হন্দক ইন্দুখোয়গী খোঙচৎসিদি লাংবন থায়াই, অতিয়ানা য়াম্না শেংবা মতম , চীংজাউ অমসুং উমং থাপ্ল থাপ্লবা মফম কয়া, চীংদোন অমদগী চীংদোন অমবু তরু তরু, তশেং তশেং উবা মতম ওইরি। মচু কয়াগী সনারৈ, হাওরৈ অমসুং কোসমোশিংনা শাৎকাইরক্লে ফৌ মপানশিংগী মনম থাপ্না থাপ্না চৎলে। অশুকপা উমংদা খোই তাল্লম্বা অঙাংশিংগা মখোয়গা য়াম্না তোয়না থেংনৈ। খোঙচৎ অসিমক্তি পিকনিক্তা য়াম্না নকশিন্নবসু লৈ। লোইতান্নরম্বা শাজল অমা তাংখুল লানঙম অমনা কাপখিবদু ইন্দুনা থিংবা ঙমহৌদ্রে। মহাক য়াম্না নুংঙাইখিদে। তুংদদি শাথীরবা লমশল অমবুসু মখোয়না লেম্না থাখিদে? অদুগা ইরেংনচিংবা তুরেলশিংদগী ঙা মরাং কায়না ফারম্মী।

নোংমা উমংদা লৈরম্বা অমনবা শঙ অমদা মখোয় পল্লম্মী। অহীংদা সন্ত্রী তাবা পাঙল লানঙমদু পাখৎখ্রবগুম ময়াম মরক্তা চেনশিল্লকখি। মখোয় ফুক ফুক হৌগৎনরম্মী। লানঙমশিং খূৎলাই পায়খৎনদুনা মথন মথন

চেকশিন্না ফিভম শেম্নরম্মী। সন্ত্রী নিকপা হন্দ্রি।

ইন্দুনা হংঙি, " করি তৌরবগে? "

সন্ত্রীনা খুম্মী, " মখাসিদা তম্নরে। পুষ্ত্রী অমদা লাই ময়াম্না থন্না শান্নরি। অঙকপনি! অমুক্তং য়েংবীরো! "

" কৈদৌরুরে, মসি নহান লাইদগী গঞ্জা খরা য়েপ্লকখিবা জাৎলা? নত্তে নঙবু গঞ্জা থক্লু ব্রো? " নুপা অমনা করেম্নরকখি।

" ফরে, য়েংলুরসি লাও। " ইন্দুনা হায়, " কদোমদনো মফমদু তাক্লো। "

" সার মখাসোমদা কৃমথবীয়ু। "

ইন্দুনা মাঙ থাদুনা, খুৎলাই পায়খৎনদুনা ময়ামদু অপীকপা লম্বী অমদা উরক্তুদা কৃমথরম্মী।

চুম্মী, পুষ্ত্রী অমদা জম- জম, ফু- ফু পিক থল্লম্লে।

ময়ামদু ঙক্লা অমম্বদুদা য়েংনৈ, নকশিনগদবা হঙ্গোয়নবগুম চপ চপ লেপ্পরম্মী। অদুবু মরক্তুদা য়াওবা তাংখুল লানঙম অমনা লাউরকখি, " আস! অসিগী ওইরে! "

নুপাদু ফাক ফাক নোক্লম্মী।

অমনা হংলকখি, " করিনো খঙব্রা, নঙ? "

" অয়া! অসিবু খঙদবা! ইরোইনিনে ইরোই! "

ময়ামদু ইঙক ঙক্লে, থাজবা ঙমদে। অদুবু চঙশিন্দুনা য়েংলুবা মতমদুদদি ইরোই য়াঙ্খেমুক অচৌবা পুষ্ত্রীদুদা লৈওন্দুনা লৈরম্লে।

ইন্দুখোয় ঙমখৈ পিল্লর ১২০ নক্লা চৎলম্বদগী ম্যানমারগী লম লানশিল্লক্লে। মহাক মরম অমদা খোঙচৎ অসি মায় পাকপনি খন্না নুংঙাইজরবসু, অমরোমদদি ইব্বাৎ ব্বাৎপগুম তৌই। মহাক্লা য়ৌরুবা মফম খুদিংমক্তা থেংনবা পার্টিগী মীশিংদা হংদুনা ব্বানা থিজখিবা ময়াম্বগী লংলা লংজিন ফংবা ঙমখিদে।

ম্যানমার সরকারগী লৈঙাক শাসন য়ৌবা ঙমদ্রবা, মনীং তম্না লৈজরবা লমনি খঞ্জরবা চীংনুংগী মফম অমদা শেমগৎপা অচৌবা কেম্প

অমদা ইন্দুখোয় থুংলম্মী। মসি মখোয়গী পার্টিগী অহানবা বেজ কেম্পনি, ইন্দুনা উবসু অহানবনি। মখোয়বু ওক্লম্বা নুমিৎতুদা অতোপ্পা পার্টিগী লুচিংবা খরসু মফম্মদুদা লৈরম্লে। মতম কয়া উনখিদ্রবা মরুপশিংগী মনুংদা বালা য়াওরম্বদা ইন্দুগী অৱাবা পূম্নমক কোকখ্রে। বালাসু হরাউমনবনা ইন্দু তম্না চেনশিল্লকখি।

বালানা হায়, " সার, উনদবা কুইমল্লবদি থৱায় ৱানৈ। থবক য়াম্মন্না কোকথোং পুবীরে। "

" মফমসিদা নহাকপু উনবগী নুংঙাইজবসি করি ৱাহৈনা ফোঙদোক্কনি। " ইন্দু নোক্লম্মী, " হৌজিক ঐগী লমন কোকথোকচনবা লম্বী অমা ঈশ্বরনা উৎপীরক্লবনি, ঐ লাইবক ফরবনি। "

" সার, করি করি ৱানো য়াম্না ঙাঙবীরিবদুবো, অনৌবা করম্বা লম্বী থেংনবীরবগে? ঐনা খঞ্জবদা, চৎপীরুবা মিসন মায় পাকপগী নুংঙাইবা অমদি য়াওরি। "

ইন্দু মখা ৱা খরা হায়নীংবা উৎতুনা বালাগা মনা পূংলবা উচান পাম্বী অমগী মরুমদা শাবা ৱাচেৎকী ফানশাং অমদা ময়ামদগী তোখাই তানা ফম্লম্মী। য়াম্না তাঙনা ফংবা তাঞ্জানি, ঙাইহাক্কী মনুংদা মখোয় অমুক উনখিদবসু য়াই খন্দুনা ইন্দু মতম মাঙহন্নীংলমদে।

ইন্দু তপ্না ঈংনা হায়, " বালা, ইমা বাবাগী মিংদু অমুক্তং তাকপীয়ু। "

বালা ইঙক ঙকই , নুংশাসু থিরপ য়েংদুনা হায়রকই, " সার, মদু ঐনা মমাঙদা তাকচখ্রবনি। বাবাগী মিং গম্ভীর কৌই, ইমাগীনা শকুন্তলা। করি লৈরবগে? "

" শকুন্তলা! " ইন্দুগী মায়থোং ইঙান ঙানথোকই, " লৈফমদি? "

" মন্ত্রী পুখ্রীদনি। করিনো, সার? অৱাবা পাউ তাবীব্রা? "

" করিসু লৈতে চিংনগনু, শেংনা হায়রিবসিনি। ঐ নহাক্কী মরমদা খরদি খঙফম থোকই খন্দুনা হংজবনি। ৱারৌবীগনু। "

" লোত্তুনা লৈবগী থৌদাং পুরিবা ঐখোয়দা তামোগী চেকশিন ৱাহংসিনা হেন্না অরোনবা থম্বগী পারা অমসু হাপচিনবীরে। "

" বালা নহাক্কী পুন্সি ঐঙোন্দা মমল য়াম্বা পোৎশক অমনি। ইশাগী থৱায়দগী নঙগীনা হেন্না পাম্মুজে। মরম অদুনা নহাক্কী মরমদা খরা হংখ্রে, চিংনবীগনু। "

ইন্দুগীসি মহাক্কী অথুপ্পা মরম অমা মখুম্না কুপশিনবগী ৱাঙাঙ মাল্লি। চিংথোকপদা লুরবা অসিগুম্বা ৱাঙাঙ থোরকপা য়াই হায়বা বালা খনখিদবা নত্তে। মরম অদুনা মহাক মমায় ঙাতক লুকথরম্মী।

" অদুদি ঐসু অদোমগী মরমদা খরদি খঙফম থোক্কব্রা? "

ৱাহংগা লোয়নবা অতেনবা পাউখুম অসিনা মখোয় অনীগী পুন্সিদা মাঙ অমসুং তুংদা থাপ্পা থাপ্পা ঙমখৈ নাইদনা শন্দোকখ্রিবা সমুদ্র অনীবু শন্নহনবা থোং অমা থারকপগুম্মী। ইন্দুনা করি মখা তাসিগে খল্লিঙৈদা বালা হৌগত্তুনা চৎখ্রে।

কেম্প অসিদা পার্টি অহুমগী মী পূন্না লৈমিন্নরি। মখোয়গী নুপী মেম্বরশিংগী মশীংসু হায়ফেৎ মান্নবা চাংনি। অপুনবদি চনীরোম্নি। মঙ্গোলিয়ন ফুরুপ ওইরবসু পূন্না লৈমিন্নবা মতমদদি শকফম খেন্নৈ। নুপী মঙাগী শকফম য়েংবদা এমেরিকাগী এরিজোনা লমদমদগী লাকপনি হায়বদা থাজগনি। অশেংবা ৱাফম অমদি নুপী মরক্তা বালা থবাগুম তোমথিন ঙাল্লি।

বালানা পার্টি য়াওরকপঙৈদগী হৌনা লুচিংবশিংনা খন্নখিবা লৈ। মহাকপু ম্যানমার মনুংদগী লাপথোকহনবা ফরোই হায়বসিনি। মহাক্কী শাওং- শাবান, শক-চুগী ফোটো অমা থেত্তুনা চৎকদৌরিবনি। অঙ্গো চীংগী নোংচুপ থংবা ক্যামপোক অমসুং উচু লময়াই, মথংদা নিংথি তুরলে মপান্দা তাবা খুলশিংদা মহাক চৎথোক চৎশিন তৌবনা মরু ওইবা থৌদাং ওইরি। মহাক অহলশিংগী পাউতাক য়ানীংদবা খক উৎখিদে।

বালা রেদ ইন্দিয়ান নত্ত্রগা মেক্সিকোগী জেলতেক মানবা, খ্বাংদা গ্রেনেদ অহুম, নাকন্দনা কৌতক তাবা স্লিংদগী অতেনবা গন, অথাবা শউনগী জেকেৎ লিংপী মখোঙ নোমদুনা লেপ্লীবী নুপী অমগা মায়োক্লনা লেপ্তুনা ৱারী শান্নরম্মী। ইন্দু মখোয় অনীদা য়েংদুনা তুমিন উ অমদা ঙারগা লেপ্পি। নুপী অনীমক লেফটিনেন্টনি হায়বদা ইন্দু চাউথোকচৈ। মহাক তাঞ্জা নাম্থোকহনখিবা য়াদ্রবনি খল্লকপ্রে, বালা য়েংদুনা প্রপ প্রপ চঙশিল্লি।

" বালা, নখোয়গী ব্বারী লোইরব্রা? " ইন্দুনা হংলুই। " ঐ নঙোন্দা ব্বা অমা হায়গদবা লৈরি। "

" সার , লোইজরে। " বালা মরুপ নুপীদা মখূৎ শোকখ্রে।

বালা য়াম্না পাঙদবা অমগী শকফমদা ইন্দুগা মায়োক্নে।

ইন্দুনা হায়রকই, " অসিনিদা বালা, বোর্দর এরিয়াসিদা নহাক ফনা য়াম্না চৎলম্লগনি। ঐনা খনবদা নহাক অতোপ্পা পার্টিগী মী কয়া থেংনরম্লগনি খল্লি। করিগুম্বদা নহাক শান্তনু নত্রগা দিলিপ হায়বা মিং অমা তাখিবা নত্রগা মশাগা থেংনখিবকা লৈরব্রা? "

" তামো, পার্টি অমত্তদা শান্তনু কৌবা মী থেংনজদে। মিং অদুগী ওইরবদি মহাভারতকী ব্বারীদগী তাখ্রে। মথংদনা তামোদগী। "

বালানা নোকফেৎ তৌরকপদা ইন্দু য়াওশিনবা ঙমদে, অদুবু মহাক লূম্নদি হায়, " ঐ কনাগুম্বা শান্তনু কৌবা নুপা অমা থিরিবনি। "

" নুপাদুগা তামোগা করি মরী থোক্লবগে? "

" বালা, মিংগৌদু...। "

" সোরি! সার। মহাক শকখঙনবা মীশক্লা? "

" মহাক্কী মিং ঐ হন্দক্তা তারি। "

" শক হান্না খঙনবা কয়া মিংদি কোন্না খঙনরকপা লৈ। "

" মদোমদা কোয়থোক্লরোইসি, ঐ মী থিরি হায়রিবসিনি। "

" অদুদি, সারগা শান্তনুগা ফজনা শক খঙনবীখ্রে। "

ইন্দু ঙক্তক য়েংলকখি, অদুগা নোক্লুনা হায়, " অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইরগা মরৈ য়েৎপা ফৈ। "

তাঙনা থোকপা ইন্দুগী মীনোক্লা অশোয়বা অমা কুপশিনন্নবা হোৎনরে হায়বা বালানা খঙদোকখ্রে।

" ঐগী মরৈগী অচেৎপা য়ুম্ফমদি সারগী খূৎতা সিরিবা খূদোপ্নি। "

" ও! সাবাস! অদুদি নহাক শান্তনুগা নক্লবা মীশক্লি হায়বসি লান্দ্রবনি। "

বালাগী থম্মোই শেংদোক্লকই, " মানি সার, শান্তনুবু থিবা হায়বসি

ঐগী পুন্সিগী তৌগদবা থৌদাংগী শরুক অমনি। ”

“ ঙাইখো, বালা,” লাইবক্তা হুমাং মরীক মরীক কারিবী লৈশাবীগী মায়থোংদা ইন্দু শাংলবা ৱারী অমা পাবগুম মুন্না য়েংলগা মখা তাই, “ ঐখোয় মফম চানা ফল্লগা ৱারীসি শেংদোক্লসি। ”

ৱাচেৎকী ফানশাংদা মখোয় অনী অমুকসু ফল্লরে। বালা শান্তনুগা মখোয়গী ইমুংগা খঙনরকখিবা অমসুং পুকচেল চাউরবা নুপাদুনা মখোয়গীদমক ৱাবীখিবা কয়াদু লীথরকপদা মপি থিংবা ঙমখিদে। খোঞ্জেলসু ফাখ্রে। মহাক হিক্লা হিক্লা মখা তানবদি হোৎনৈ, অদুবু “ পলেম অপোকপী! ” হায়বদগী হেন্না ঙাঙথোকপা ঙমদনা লৈরে। ইন্দুনা মহাকপু কন্না থেমজিল্লম্মী। বালা অৱাবদু পাক হন্দোকপা ঙমদে।

ইন্দু বালাগী অৱাবা শরুক য়াদুনা লৈরে। বালা স্বর শাংনা শাংনা হোল্লকই।

ইন্দু অরোৎপা থম্মীংলক্লে। শান্তনুনা মঙোন্দা মতৌ করম্না খূদোপতু পীরম্মী হায়বা ৱারী লীরে। অৱাবনা থল্লবা খোঙচৎ অমদা মখোয় অনী আই. এফকী বন্দী ওইরুবা, মদুদগী নাম্থোরক্লবা হোৎনবদা মখোয় অনী কায়নখিবগী থৌদোক তল্লে। মহাক্লা পার্টিগী থবক পাঙথোকপদা শান্তনু থিবগী থবকসু নপুনা চৎখিবনি হায়বসু বালাদা খঙহল্লে। ইন্দুগী ৱাহৈশিংসি তারগা বালা হেন্না হেন্না কপ্লম্মী। খঙহৌদনা মহাক ইন্দুগী মখূৎ অনী চেৎনা পায়রম্মী।

ইন্দু মতাংসিদা মাঙগী ৱাহং অমা পুখৎসিরা খল্লকখি। মদু অনীশুবা বিচার অমনা নমথখ্রে। মতম ৱাৎলি হায়বনি। অঙকপদি মখোয় অনীমক্লা শান্তনুবু থিবগী মরম হংনবদি কাউনখিবগুম তৌই। হায়ননীংবা ৱা কয়া ৱাৎনা হৌগৎতবা য়াদ্রে , মিটিংগী হুইসল খোংলকপনা হানখ্রে।

## ২৮

নোংচুপ্তা তুরেল চেল্লি। অৱাং, নোংপোক অমসুং মখা মায়কৈ অহুমদা চীংনি। অচৌবা উজাউ মরক্তা উরী মোংশোং মরাং কায়বা তম্পাক্কী উমং অমদনি ইন্দুখোয়গী অহানবা কেম্প লৈরিবসি। মসি মখোয়গী পার্টিগী কোনুংনি হায়বা য়াই। চীং অমসুং উমং ৱামংগা চান্নজবা লাংবন-মেরাগী শেংলবা অতিয়াদগী মেগুনা হাইদোরকপা নুংশাগী উরুমদা মিটিং হৌরে। লালহৌলূপ মরি অমগা অমগা মতেং পীনবগী মজংদনি খন্নরিবসি। মিটিংদা মী থোইনা য়ামদ্রবসু মচীন চৎপা কয়াদি পূল্লবনি। মপূং ওইবা এজেন্দা খন্নরকপদা ইন্দুনা হোৎনজবা থবকশিং তোয়না পন্নরি। অদুগা, থৌনা লৈনা অমসুং পুকচেল শেংনা থবক তৌবগীদমক্তা মহাকপু থাগৎনরকখি।

মিটিংদা, মাগী মাগী পার্টিগী পাঙ্গল, শীংথানিঙাই ওইবা থবকশিং, য়েক্নবদা পীখিবা চৈথেং অমসুং প্রজা মীয়ামদা পীখিবা তেংবাংশিং বিদিও, কম্পুরটরনচিংবা শিজিন্নদুনা উৎনরম্মী। অদুগা লোয়নননা মফম কয়াদা শেমগৎলক্লিবা য়েক্নবগী কেম্পশিংগী ফোটো অমসুং মখোয়না চৎথোক চৎশিন তৌনরিবা লম্বীশিংসু য়েংনরম্মী।

মিটিং লোইশিল্লকপগা চান-থক্লাবা থৌরাংদা ময়ামদু মায় ওনশিন্নখ্রে। ঙাইহাক্কী তুংদা, মফমদু উন-ৱাইমুক চিকখ্রে। অইৱং মী লৈরমগনি হায়বা কনানা থাজগনি? নুংথিল পোবোপ্তু নোংয়াইগা খেন্নবা করি লৈরি ? মথং নুমিৎকী অয়ূক্তা মী নিপানগী কাঙলূপ অমা নিংথি তুরেল

মরিন্দা থিমানতি অমসুং হোমলেন ফাওরগা তেক্সিখোং কৌবা মৈতে খুল মচা অমদা চৎকদৌরি হায়বা পাউ মেজর ইন্দুদা পীরকখ্রে। মসিদা টিবেটকী মী অনীসু য়াওগদৌরি।

ইন্দুগী পুক্নীং ৱাখল হামচৎনৈ। মরমদি, মখোয় নিপানগী খোঙচত্তা বালানা লমজিংগদৌরি। ইন্দু মহাক্তা য়াম্না লোয়নননীংখিবনি। হন্দক মরক্তি মহাক্কী ৱাখলগী কেন্দ্রসি বালাদা ওইরি। লৈশাবী অসিগী পুন্সিবু অসুম অসুম পাম্মুবা হেল্লক্কি। মহাক্কী মরমদা খরা হেন্না খঙগে খল্লুবগা মাঙদা ৱাহং চরোং চরোং য়াল্লখি।

অয়ূক চা থকমিন্নবগী তাঙ্গা অমদা ইন্দু বালাগা নক্লনা ফম্লম্মী।

" বালা, হেপ্পি জর্নি। " ইন্দুনা হৌই।

" থেঙ্ক য়ু, সার। "

" ঐখোয় ইকুই কুইদনা উনসি। ঐনা চৎলুবা মফমশিংদগী নুংঙাইবা পাউ পুরক্কে। "

" মদুমক ঐগীসু ৱাখলনি। ঈশ্বরগী থৌজান নিবা কাউজরোই। "

বালা পুক্নীংগী শোঙ্ববা মতৌ উৎনীংদবনা মমায় লৈথোক্লম্মী।

তেক্সিখোং য়ৌগদবশিং চৎখ্রে। অতোপ্পা পার্টিগী মেম্বর অতিথি পুন্নমকসু হন্নখ্রে। নৌনা চঙলকপা মেম্বর খরবু ট্রেনীং পীবগী থবক মতম খরগীদমক মেজর ইন্দুদা শিন্নরম্মী।

থা অহুম হৌখিবা খঙহৌদে। নিংথমথা মপূং ওইরক্কে। পার্টিনা লৌখৎকদবা থৌরম পরেং অমা ইন্দুদা খঙহল্লকই। মণিপুর তম্পাক্তা পাক শন্না আই. এফ. কী মথক্তা খূৎ থাদুনা পার্টিগী মপাঙ্গল উৎকদৌরি। মদুগী লাম্থোং মেজর ইন্দুনা শীনগদবনি হায়রকখি।

ইন্দু মণিপুর তম্পাক তল্লকলে। মথৌ চিনবশিংনা মতমগী মমল পাই, খাঙবা কনবশিংনা অৱাবা কাউথোকই। মহাক মরূপ অনীগা পোই লানশিন্দুনা কন্না লাক্লম্মী। পাও য়ি, হুইমি, তোল্লোই, তুঙৌনচিংবা খুল কয়া ফাওদুনা থাখায় অমা লাক্লবা তুংদা লমলাই থুংলে। মফম অদুদা মহাক পার্টিগী মীশিং উনবা হৌরম্মী। চাইখাইদুনা লৈরিবা মখোয়গী লালনঙমশিং

মফম চাবা য়েংনদুনা পূনশিন্দুনা লৈনবা পাউতাক মাঙজৌননা থুংলম্লে।

থৌরাং অসিগী মখাদা ইন্দুনা ইহান হানবা ওইনা নোঙ্গদা চীংখোঙদা মী তরানিপানগী তিম অমনা খোঙনা চৎপা আই. এফ. পেট্রোল পার্টি অমগী মথক্তা অয়ূক ঙচ্চা পাঙথোকদবা এন্থুশ অমা লাঙখি। ফজনা ট্রেনীং তৌবগী মপান্না এস্থুশতু চাউনা মায় পাকখি। য়েক্লবা অনী হাৎলগা মখোয়দগী এ. কে. রাইফল অনী লৌবা ঙমখি।

নোংমাইজীং চীংজাউগী লোক্লুং অমদা ইন্দু মতম খরা লৈতবা য়াখিদ্রে। মহাক লম্বী হাঙবগী পাউ ফংবগা ইম্ফাল শহর মনুংদা চঙলক্লে। মফম খুদিংদা, সড়ক্কী নাক য়েৎতা সিফাই কয়া লেপ্লি, চৎলি। সিফাইনা থল্লবা হবাগাড়ী কয়া অমসু লেপ্তুনা মায়কৈ অমদগী অমদা য়াঙনা য়াঙনা থৌরি। মীয়াম্না মখোয়দা হন্নফাও য়েংনদে, মহৌশাগী মহৌশানি খন্নখ্রবা মাল্লি। ইন্দু ওতো রিক্সো অমদা মন্ত্রী পুত্রী তম্না মরূপ অমগা লাক্লম্মী। মহাক লৈকাই অদুদা শকুন্তলাগী য়ূম থিরম্মী। য়ূম ফংলে, শকুন্তলাগী মশকসু উরে। অদুবু মহাক ইমুং অদুগী মী অমত্তগা উনগে, ৱারী শান্নগে হায়নদি খনখিদে। ফজবা য়ূম, নীংথিজবা ইখোল, চাউরবা চেকপল পূম্নমক্না নুংঙাই-য়াইফবা ইমুং অমা ওইবগী খুদমদি ওইরি। মহাক্না গেট অদুদা ঙাইহাক লেপ্লা মতমদা অৱা-নুঙাই অনী পূল্লবা স্বর অমা হোল্লম্মী। বালাগী থৱায়মক্না মহাক্কী থম্মোয়নুংদা চোংশিল্লকখ্রবগুম মহাক য়ূম-ইংখোল্লোমদা ওনশিন্দুনা কুইনা য়েংবা ঙন্নমদে , পিগী ঈহৌ লাকই। মহাক সড়ক্লোমদা মমায় অমুক ওল্লক্লে।

X মথংদা ইন্দু ডা. এ. মোয়োনগী থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা ক্লিনিক থিরকখি। ডা. এ. মোয়োনগী মিং তাদবা শহরসিদা মী ইরে লৈরমদ্রে। ৱাখল লায়নাগী স্পিসিএলিষ্ট ওইনা মীয়াম্না তান্নবা ডাক্তর ওইরম্লে।

পূং তরা তারে। ডাক্তরনা মথং মথং নুমিৎতুগী অহৌইবদা য়েংগদবা পেসেন্টশিংগী মিং কৌরকপদা ইন্দুগী লাক্লে। মহাক চঙলম্মী, পেসেন্ট ওইনা নোল্লুকপা উৎলম্মী।

“ গুদ মোরনীং, মেদাম। ”

“ গুদ মোরনীং। ” ডাক্তর তপ্না ইন্দুদা য়েংলকখি।

" মেদাম, ঐ ইন্দুনি। "

" য়েস-য়েস! ইন্দু! ঐ নহাকপু কাউদে। করি নুংঙাইতবা লৈরে? ফম্মু। "

" ঐ নুংঙাইমনখ্রদুনা মেদাম্বু থিজরক্লিবনি; লমন মতেক অমনা তৌবীমল উৎচনবা " ইন্দু চৌকীদা ফমথবগা লোন্তক তপতক হায়রম্মী।

" ও, ইন্দু! নহাক বালাগী পাউ পুরকপনি, খঙলে! তশেংনা মাবু উনরব্রা? " ডাক্তরগী খোঞ্জেলসু নেম্মী।

" হোয়, মেদাম। মহাক অন্দরগ্রাউণ্ড ওইরে। মসি চুন্নবনি। মহাক ঐগা পার্টিসু ...।

" করি হায়বা! আ গোদ! মায় গুদনেস মি! "

" লেফটিনেন্ট বালা দায়িত্ব চাউবা ওফিসরনি। "

" ইন্দু য়াম্না হায়রকখিনু। " ডাক্তর টেবলদা মমায় য়েশিনখ্রে। " ওম্থোকপনি ঐগী লাইবক! "

ডাক্তরগী মতৌদা ইন্দু নুংঙাইজদে, স্বর শাংনা হোল্লম্মী।

" মেদাম্না মহাক্কীদমক য়াম্না খবীরিবসিগী মরম্বু ... ? "

" মহাক ঐগী থবায়নি। "

ইন্দুগী খঙনীংবা খংহেন হেনগৎলকই, " করি মরী মতা থোক্লবদগী অদুম্না শোনবীরিবনো?

" জীবশিংগী খ্বাইদগী নুংশিনবা মরীসিবু কনা কনাগী মরক্তা লৈবগে? ইন্দু, নহাক খল্লু। "

" মদু মমা-মচা অনীগী মরীনি হায়নৈ। "

" নহাক্কী পাউখুমদা ঐ শেংনা হরাওজে। "

" খ্বাহৈশিং অদুগীদমক থাগৎচরি। অদুবু, মতাং অসিদা ঐগী খঙজনীংবা খরনা মেদাম্বু খ্বাই চিলহনগদৌরি। "

" ইন্দু, মদু ঐ খঙঙি, নহাক্না হংনীংবা কয়া লৈরে। ঐ শোয়দনা পাউখুম পীগনি। হৌজিকমক্তি মতমসি খরা খুয়ৌনরে। নোংমা ঐগী য়ুমদা লাকউ। ঐ লাঙ্গোল গেম ভিলেজদা লৈ। ফরে, ঙসিগীদি খ্বাইদা

*লোইশিল্লসি। মিটিংগীদমক মেম্বরশিং য়ৌনরক্লে, মপান্দা ফম্নরি।"*

*" চৎচরে , মেদাম। ঐ নোংমা শোয়দনা লাকচরগে।"*

ইন্দুনা ডাক্তরগী লেত্তরহেদ অমা লৌরগা থোরক্লম্মী। মহাক্কীদু টেলিফোন নম্বর খঙনীংবা লৈরে।

মপান্দা ইন্দুবু লানঙম মরূপ অমনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। মখোয় অনী খ্বাইরম্বন্দ কৈথেনগী চিক্ল-চায়নবা ঙমদ্রবা মীরক্তা পাওনা বাজার ফাওদুনা কৈশাম্পাৎ বস থাফম য়ৌরক্লে। পল্লেল য়ৌগদবা বস অমদা মখোয় অনী কাখৎলম্মী।

পল্লেলদগী কিলোমিটর মরিরোম লাপ্না নেসনেল হায়ৱেদা হাইগৎলগা ইন্দুনা এস্কুশকী অফবা মফম অমা খনবা লোইরে। মহাক্কী লীচিং মখাদা শোক্লগদৌরিবা লাল অসিগীদমক অফবা মখলগী খূৎলাই পায়বা লানঙম খন্দোক্লম্মী। আই. এফ.কী সেক্সন অনী গাড়ী মরিদা পূং মাপন্দগী তরামাথোই ফাওবগী মনুংদা মোরেরোমদা লাক্কদৌরি হায়বা পাউ ময়েক শেংনা পল্লেলদগী পীরক্লে। ইন্দুগী কাঙবুনা হৌজিক কেমুফ্লাজ তৌদুনা ঙাইরিবা মফমসি জাপান লানগী মতমদা তোতি কেম্প কৌনে। অশুকপা উমং নক্তবসু ই-লাং মরাং কায়বনা লোৎপদা খুদোং চাই, মদুগী মথক্তা লৈমায়দা অচৌ-অচৌবা নূংসু য়াম্না লৈ। মসিদগী লমদম অসিগী মীশিংনা নূংজাউ পোকপী হায়নসু খঙনরিবনি। লম্বীগী মখাদা চীংমায় অহুম থম্নাপোকপী লমকাং খুনগী উয়োক-উমং লৈ। মদু মখোয়না চেনখিনবা লম্বী ওইগদৌরিবনি। ফুট তরামঙারোম চপ য়ুংনা ফক্লাংগুম ঙল্লবা লৈরায়কী মথক্তা উয়ূং অমসুং নূংগী মরুম থুপ্তুনা মপূং-মরৈ ফারবা হাউনা অমসুং ইগী মরক্তা মখোয় কুনগী উপফম, ফমফম শেমদুনা থৌরাং লোইরে। মথক্তনা বোংয়াংদা, মখাদনা পল্লেলদা আই. এফ. কেম্প লৈ, নোংমৈ মখোল তানবা লমনি। এটেক্তু কুইনা চখবা য়ারোই। হন্দোকপগী লম্বীদা মখোয় চোইথোক্লখ্রবসু উনফমদদি য়ামনা থুনা য়ৌরক্লবা হোৎনগদবনি; মদুগী মফম্না লমকাং খুনয়াইগী নোংপোক থংবা লোক্লু উমংদনি; ইন্দুনা শুগায়না তাকখ্রবা লানঙমশিং উপ্রাক্লা উপ্তুনা ঙাইরকপা পূং অনী

ফাগদৌরে। অদুবু মখোয় ইঞ্চি অমা লেঙনদে। মখোয়গী এটেক্তসিদা একে. রাইফলশিংগী মতেং এম. জি. অনী, গ্রেনেদ মঙা অমসুং টু-ইঞ্চ মোতোর অহুম্না পাঙগনি। মখোয় গাড়ী মখোল তাবা খুদিংগী মীহুল দং দং চোংঙি।

পূং তরামাথোই তারে। আই. এফ. কী গাড়ী থৌগৎশ্রে হায়না পাউ ইন্দুদা পীরক্লে। মহাক উশা নোমদুনা ময়ামদু রিদিদা লৈহনখি। ওঙ্থোকপনি, মখোয়না এটেক্ত তৌগদবা লমখে মনুংমক্তা, হৈদোক্তুনা লৈবা বোলদর নূং কিলা অমগী মনাক অখূবা লম্বীদা, মোরেরোমদা লাকপা বস অমা চপ লেপখি। পেসেঞ্জরশিংনা লাউনরকই। ' ক্রাউন কায়রে, চৎপা য়াররোই ' হেন্দিমেন্না ড্রাইবরদা হায়। বসতগী নুপা-নুপী ময়াম অমা কূমথরক্তুনা সড়ক্তুদা ইচাই চাইরে। খোইশাউনরবা পেসেঞ্জরশিংদুনা গাড়ীগী ড্রাইবর অমসুং কন্দক্তরদা চৈ। অদুবু উপায় লৈতবনা মচি ময়াদা ফমনদুনা গাড়ী শেম্বা ঙাইবা তারে। গাড়ী মনুংদা তূমদুনা লৈনবসু য়াওরি।

আই. এফ. কী গাড়ী মরি মথং মথং থুংলরে। ময়াইদা বসনা থক্তুনা লৈরবনিনা গাড়ীশিংদু পূল্লপ লেপ্লম্মী। হৌজিক মখোয়বু ব্লোক তৌনবা নূংজাউ ইন্থরুবগী দরকার লৈত্রে। অদুবু করম্না নোংমৈ কাপকনি?

মাঙগী জীপসীদগী মেজর অমা কূমথরক্লগা বস ড্রাইবরদা কিন্না থিল্লি; চৈ থাংখি। নোংমৈ পায়বা সিফাই ময়াম্না পেসেঞ্জরশিং ফুবা হৌরকখি। খুদক্তা বোলদর নূং থৈদোক্তুনা লম্বী হাঙহন্দ্রবদি বসতু লোকখাদা ইন্থগনি হায়না কিহনখি। খরা নহা ওইবশিংদি মনা তৎপা, মখোঙ তেকপা, মকোক কায়বা ফনা য়াম্না য়াওরে , সিফাইশিংনা নোংমৈ বটনা শুবদু ইন্দু তুমিন য়েংলম্মী।

পেসেঞ্জর নুপা-নুপী ময়ামনা বোলদর নূং হোন্দোক্তুনা লম্বী ফাওহল্লে। আই. এফ. কী গাড়ী মরি লাপ্থোক্তুনা থৌগৎশ্রে। অশোকপা পেসেঞ্জরশিংদু পল্লেম্লেমদা পুনবা ময়াম য়া খন্নরম্মী। ইন্দু হন্দোকপগী হুইসল খোংশ্রে। লৈরায়দগী মহাক্কী সিফাই পূম্নমক কূমথহন্দুনা মখা উমং লম্বীদা হাইথরম্মী। পেসেঞ্জরশিং ইপা পাখৎনা য়েংনহৌই। কা হেনবা আই. এফ. কী দগুি তোয়মক্ল্প কংলবা ময়ামদু করিসু খন্নদবগুম নোক্তুনা

লৈহৌবসু য়াওরি।

থৌরাং কায়রবা ইন্দুগী কাঙবু চৎকদবা লম্বী হোংলে। মখোয় তুমিং লোক লাম্লগা চীংয়া লম্বীদা নোংচুপ পাংনা চৎলম্মী। নুমিদাংৱাইরমদা ৱাংপরাল খুল য়ৌরে। মফম অদুদা অরাম খৌরাংবা কোক্লবা অফংবা খরা খরা চানরগা মখোয় নোংচুপ চীংশাং লান্দুনা পুরুম তম্পাক তম্লম্মী।

নুমিদাং পূং অরেং তাবা মতমদা ইন্দুখোয় কাংবু এলাংখাংপোকপী খুল্লক্তা চৎলম্মী। মখোয় হায়খুল অমগী লম্পাক্তা ঙাইহাক পল্লম্লগা নক্লা লৈবা চীংদুম তম্না চৎলি। মফম অদুদা মখোয় নুমিদাং চারাগী মতাংদা খন্নরম্মী।

অহীং অথেংবা ওইহ্রে। ইন্দুনা লানঙম কুনবু তরুক তরুক্কী কাঙলূপ্তা অহুম থোক্লা খায়দোক্লগা তোঙান তোঙানবা মফমদা থাদোকখ্রে। মহাক মশাদি লানঙম অমগা লোয়ননা নোংচুপ পাংয়া তম্না চৎলম্মী। মখোয় অনী অরোং-নোংমাইখোং য়ৌবা তারে। আই. এফ.না হি শিজিন্নদুনা পাংকী লমশিংদা ওপরেসন চৎথগদৌরি হায়বা পাউ অমুকসু লাকখ্রে। মরম অদুনা খোর্দাক , কৈবুল লমজাউ অমসুং লোক্তাক পাংকী মনুং অমসুং অকোয়বদা লৈবা পার্টিগী কেম্পশিংদগী মখোয়গী মী পুথোরক্তবা য়াদ্রবনি। থবক অসি তপথদনবসু হায়রকখি।

ইন্দুনা খুলগী নুপা অমদা মখোয় অনীবু ককয়াই পাং লাম্থোকপীনবা হায়জরম্মী। নুপাদুনা য়াবীরে। অহীং নোংয়াই মতুংদা মখোয নোংমাইখোং খুঞ্জিল য়ৌরে। খুঞ্জা নুপাদু হনখ্রে।

ইন্দু অমসুং মহাক্কী মরূপ্না লৈমায়দা খোঙকাপ কুনমুক্তং অমম্বদা থাংলকপগা ইনক নকপা মফমদগী লাইট অমা খংঙান ঙাল্লকখি। পাংযা লম্বীদা খামদুনা থম্বা গাড়ীদগীনি। গাডীগী নাক-যেত্তা আই. এফ. সিফাই ময়াম অমা কোয়রাং লাঙনরি। মখোয় থুংলবা কুইদ্রিবা মাল্লি। সিফাই খবনা টেন্ত খন্নবা দম্বুর তিংথোকপা উই। ইন্দু অমসুং মরূপ লিংথোকফম লৈত্রে। তৌগদবসি করিনো, ৱাদি ঙাঙনবা নত্তে। মখোয কম্লোং পাম্বী অমগী মরুমদা ফমথরম্মী। মখোয়দা এটেক্ত তৌবক্তে। ফানবা হোৎনবম্বা যাই

খন্দুনা ইন্দু ঙকচানৈ।

মরূপ্না লোন্না হায়, " মখোয়সি ঐখোয়বু উব্রমাল্লে। "

" উরমগনি। " ইন্দুগী হিসাবনি, " য়ুনিফোর্ম মান্নবদগী মখোয়গী মীনি হায়না খল্লমগনি। ঐখোয় চেন্নবা তৌসি। "

" লাইট মুৎপ্রে, সার! "

ইন্দুনা মাঙ থাদুনা লম্বীদুদা চেনবোই চৎপোই লাপথোক্লবা কন্না হোৎনরম্মী। মখোয় মায়দি পাক্লে। থা-থবাল্মিচাক উদবা নোংখী-নোংমংবা অহীংদু মখোয়গী মীচংনি। অদুবু মায়কৈদি ঙাওরি; চৎকদবা মফম খনবদা লেপ্পা তোয়রে।

মমৈথংদা মখোয় অনী লম্পাক অমগী মচিন্দা লৈবা ক্লব মানবা শঙ মচা অমগী য়েনখাদা ফল্লম্মী। কুইনা পোৎথাদুনা বা তানবদি য়ারোইদৌরি, কাওগী অঙকপা লান্নি, মায়-মিৎ পূময়োম য়োম্লবনি। ইন্দুনা হৌগৎকে তৌবগা মরূপ্না মখূৎ পায়দুনা খাল্লম্মী। মহাক নোংমৈগী কোক চিংগ্রে। অমম্বদা খূৎলাই পায়বা সিফাই ময়াম মখোয়না ফল্লিবা মফম্নোমদা চঙশিল্লকপা উরে। মখোয় অনী খূৎলৈ থুনা উপ্রাক্লা তুংলোমদা খোংবান য়ৌনা শিৎথরম্মী। মফম চারে। তাঞ্জা য়েংলম্মী। শাওং শাবান অমসুং ঙাওনখিবা ব্বাহে অমা অনীদগী মখোয়দু ময়াং সিফাইনি হায়বা মরূপ অনীনা খঙলে। মখোয়না ফল্লমফম য়েনখাদা মী মরি লেপ্লখি, য়ামনা নক্লবনি, ফুট কুম্ভাদগী হেন্না থাপ্লল্লোই। মথং মথং য়ৌরকপা ঙাইবা মাল্লি।

" নঙনা অনকপদা, ঐনা ... । " ইন্দুনা হায়বা লোইফাত্রিঙৈদা মরূপ নোংমৈ কাপখ্রে। মখোয় অনীগী নোংমৈ মখোল তুং-মাঙনি। দরর-দরর। বর্ষ্ট অহুল্লক চৎখ্রবসু য়েক্লবগী খূৎ হল্লকখিদে। নক্লা লৈবা মী মরি য়েনখাদা তুখ্রে। মখোয় অনী পন্থবা য়ারোই। তাঞ্জা মাঙহন্দনা খোংবান লাম্বোক্তুনা ব্বারক্তা লীৎশিল্লম্মী। কূংলবা ব্বারক্তা লিংপা অরায়বা থবক নত্তে। মখোয়গী উকল অমদি অচৌবা হৈনীং পান্বী অমা হৌরম্বদুনি। মদুগী মতেংদগী মখোয় অনী অতৎ অখম লৈতনা কাপশিল্লকপা নোংমৈ মরূদগী কঞ্জবা ঙমখি। মখোয় মফম অদুদগী চন্দ্র ইকু মচা অমা তম্না চেনবা ঙম্লে। অতিয়া অমসুং লৈখা সার্চ বোমগী মৈঙালনা ককচেং চৎপা উনা ঙাল্লি।

তুং মাঙ অনীমক্তা নোংমৈ মখোলনা পূম্নিল নিল্লকপদা খুঞ্জা নুপী অঙাংশিং কপ্পরক্লে। লাল্লোং হৈরবা নুপা অনী নোংমৈ কাপত্রে। য়েক্লবগী মৈঙালদু মখোয়দা নাম্ব্লোক্লবা লম্বী তাকপগুম থোক্লম্মী। মখোয় অৱাং নোংপোক পাংনা ৱারুম উরুমদা পাখৎপা য়াওদনা অসুম অসুম লাপথোক্লকখি। খুলগী লমখৈ থাদোক্লম্লে। অচৌবা লম্বীদদি চৎপা য়ারোই। মীগীদা চঙজফম লৌবসু ফরোই, মীবু খুদোংথীবা নংহনবা য়াই। মরম অদুনা মখোয় চেনবা তাবনি। থৈদোক্লবা হোৎনবদা পাৎকী লৌরীদা চৎলম্মী।

ইন্দুনা লৌরী নক্লা য়ুংলম্বা লম অনীরোম শাংবা ফূমঙাকচৈ ৱা অমা শৎলগা পায়রম্মী। মরূপ্পা মদুগী মরম থোইনা হংলক্তে।

পূং অমা তারে। লৌরী খমখ্রে। পাৎকী হুপ কম্বোং ফুল্লক্তা ঈশিংগী শরুক খরতনি উরিবা, অখুবা হিরম মচা মচানি। হৌজিক মখোয় অনী হিরম য়েংদুনা ঈশিংদা কূমথনবা থৌরাং তৌরম্মী।

লানঙম অনী অন্দরপেন্ট অমসুং মোজা ফুরিৎ খক্তা খাক্লগা অতৈদি লৌথোক্তুনা কোকশেৎ ওইনা য়েৎশিল্লি, খোঙউপ্পু নোংমৈদা পুল্লগা লেঙবান্দা পুরম্মী। থাপ্না খোংলকপা হূইশিংনা মখোয়দা অৱাবা হাপ্লি। য়েক্লবশিংনা হূই পুদুনা তান্নরকপসু য়ারিবনি। ইন্দু মহাক্কী ৱাশাং থাদোক্তে।

পূং অমরোম লাক্লবা তুংদা ঈশিং লুবগী চাং অসুম অসুম হেল্লক্লে। হান্নদি, ফৈগন, খ্বাং অমসুং থবাক ফাওবগী চাংদা লাল্লকপনি। হৌজিক ঙকশম য়ৌরে। ইন্দুনা মাঙ থাদুনা ৱা থিন থিন্দুনা চৎলি। অচৌবা উচেক অমগী মশানা মমায়দা য়ৈরকপদা মহাক থীনা খংখি।

" অস! লমঙানু ওইরমাল্লে। " ইন্দুনা হায়।

" নত্তে , " মরূপ্পা তাক্লকই , " চোংখুনি, ঙানু মরূম চাগদবগী থিরিবনি। "

ইন্দু ৱা থিম্বুবদা ফুট তরুক্লোম লুবা মফম অমা থেংনখি।' থৈদোকফম লৈতে। নাক য়েৎ, ফুম-কম্বোং , হুমদং অমসুং পাৎ উরীনা য়োম্লি। মরূপ্পু থৈদোকফম লম্বী য়েংলুবদা থাংজিং মরক্তা চঙলুরে। ঈহং

নাইহং শারে। মহাক থোরকপসু ঙমদ্রবনি। কপ্লকখি।

ইন্দুনা চৈ, " পাঙদবা তৌগনু। "

" হে ঈশ্বর! ঐগী খূৎলাইসি কাপ্পা কাপ্পা শিহনবীয়ু। অসুম্না য়েক্লবা কিদুনা চেনবদা ঈরাক্লরগা শিহনবীগনু। " মরূপ্তু কপ্তুনা হায়জরকপনি।

ইন্দু অমম্বদুদা য়াম্না ৱানা থাংজিং মচৈ-মপোপ, মনা হাইদোক্লুনা মরূপ্পু মহাক্কী লেপফমদা পুরক্লে। নুপাদু অনাবা খাঙবদা থক থক নিক্লম্মী।

ইন্দু ঙাইহাক ৱাখল তৌরম্মী।

" মরুপ লানঙম, ঐনা ৱাসি থাদোক্ত্রিমখৈ ঐখোয় ঈরাক্লরোই। য়াম্না লূবা মফমদুদা ঐখোয়না ৱাসি য়ুংশিল্লগা ঙাইহাক খাঙনবা য়াগনি। নহাক নুংশা থিগনু। লাও, ঐগী ফিশিংসি নকোক্তা চেৎনা য়েৎশিল্লো। নোংমৈ অনীমক পায়রো। নহাক ঐগী লেংবান্দা তোংখৎলু। ঐ চৎকে। ঐখোয় অনীগী ফি চোৎপা য়ারোই। নোংমৈ ঈশিংদা লূপহনবসু য়াদে।

অহানবদা মরূপ্তু কয়া য়ানীংলমদে, ইন্দুনা ৱাগদবদু খন্দবা ঙমদবনি,অদুবু মতুংদগী মহাক য়ারে।

ইন্দু লানঙম্মু লেংবান্দা তোংহন্দুনা অরুবা হিরমদু লানবা হৌই। খংলু লুথবা কোম মপা মপাদা মহাক মিনিট অমরোম ঈশিং মনুংদা লুপ্তুনা, ৱাদুগী মতেংনা চৎলম্মী। মিনিট তরারোমগী তুংদা অথেনবা মফম ফংলে। মহাক ঈশিং মনুংদা হুমাং শৌখি।

মরূপ্পু লেঙবান্দগী থারগা ইন্দুনা হায়, " লানঙম, ঐখোয় য়েৎলোমদা চৎসি। ওইরোমসি হিরানমৈ তাবনি, খরা লাপকদৌরি। "

" লমদমসিগী মীয়ামগী খন্দুনা খোং খরা ঐখোয়না তৌখিবদু শ্বাইদবু ওইরব্রা, ইঙাও ঙাওরে। " মরূপ মায়কৈ মরিমক্তা য়েংলম্মী।

পূং মরি-মখায় তাবা মতমদা ইন্দু অমসুং মরূপ অচৌবা লৌরী অমা ফংলে। মদু লাংমৈদোং তাবনি হায়বসু মখোয়না মায়কৈ য়েংদুনা লেপ্পরম্মী। নোং পূরা ঙাম্লোক্ত্রিঙৈদা মখোয় খুল্লক চঙহৌনবা কন্না চৎলম্মী।

পূং তরেৎ তাবা মতমদা ইন্দু অমসুং মহাক্কী মরূপ কুম্বেৎ দ্রেসকী মহুত্তা অনানবা ফুরিৎ-খোঙগ্রাউ অমসুং ফজবা খোঙউপ্লা শিনখ্রে। মখোয় ব্রাবগাই লমখাই কৈথেনগী হোটেল অমদা চা থক্কুনা ফম্লম্মী। ইমা ইবেন চা কয়ানা খোই মহুম তাল্লমদাই লাঙবগা পাংখক ওইরবা দৃশ্যদু মখোয় অনী য়েংলম্মী। চরা অনী ফংনবা হোৎনবদা অকে অমৌ ব্রাখল চঙদ্রবী, নমদা মচা অপিশক পোরি হায়বা কাউগ্রবী, লূপা-মখায় তানবদা হুমাংনা লূপ্লবী মৌ-নহাশিংদু উরগা ইন্দুগী মিৎলু অনী পিনা থুম্লকখি। হোটেল মনুংগী রেদিওদগী মণিপুরী পাউ লাক্লে। মরূপ অনী পাউদা পুক্লীং চঙলম্মী।

— হৌখিবা অহীং নোংয়াইদা শকখঙদবা খূৎলাই পায়বশিংগা আর্মিগা থোংজাউ অমসুং নোংমাইখোংদা নোংমৈ কাপ্লখ্রে। থোংজাউগী থৌদোক্তা লালহৌবনি চিংনবা পাখং অনী শিখি। নোংমাইখোংদদি থোইদোক্লা অশোক অপন য়াওনখিদে। অদুবু আর্মীনা খুঞ্জা নুপাশিংবু য়াম্না তমথীনা ফুখ্রে হায়রী। অশোকপা মী কুম্ত্থা হোস্পিতালদা পুখৎলকখ্রে। থৌদোক অদুগা মরী লৈননা লমদমদুগী নুপীশিংনা ব্রাকৎ মীফম অমা ফমগনি হায়রি।

পাউদু পাবা লোইখিবগা ইন্দুনা মহাক্কী মরূপ্তা মুন্না য়েংলম্মী।

# ২৯

নোংমা অয়ূক অঙনবা অমদা ইন্দুনা ডা.এ. মোয়োন্দা টেলিফোন তৌরম্মী। মহাক লাক্কে হায়না পাউ পীখিবনি। ডাক্তরনা য়াম্না ওন্না, মহাক্না ক্লিনিক চত্ত্রিঙৈদা য়ৌরক্লবা হায়রক্লে।

পূং নিপান্দা ইন্দু ডাক্তরগী য়ুমদা চঙলকখি। মহাকপু ঙাইদুনা লৈরম্লে। ইমুংগী সোফাদা মখোয় অনী ফম্লম্মী।

ডাক্তরনা হৌদোকই, " ইবুংঙো, নহাক্না থেংনরে হায়রিবা বালাগা, ঐনা থিরিবা বালাগা মীশক অমত্তনি হায়বগী প্রমান খরদং পীবীয়ু। "

" মেদাম, " ইন্দু য়াম্না লিক্না নোকই, " মসিদা চিংনবা লৈবীগনু। মহাক মশামক্না অশেংবা পরিচয় তাক্লক্লবনি। মহাক্কী মমাগী মমিং শকুন্তলা কৌই, মপাগীনা গম্ভীর। মহাক্না চহী তকুক শুরকপা মতমদা মপা লৈখিদ্রে হায়। মপানা পৈসা য়াম্না চঙনা শারম্বা মন্ত্রী পুখ্রীগী য়ূমদা মমা-মচা মখোয় অনীখক্তমক লৈরকখি। মখোয়গী য়ুমঙাকপীরিবা অহল অমদগী হেন্না নক্লবা মরী- মতা কনাসু লৈত্রে হায়। হৌজিকসু য়ূমদুদা মমা মথন্তা লৈরমগদ্রা খল্লি। পূম্নমকসি মহাক্না তাক্লকপা নত্তনা ঐনা খঙফম থোক্তে। "

" ঙাইখো ইন্দু, " ডাক্তরনা মরক থৎলি, " বালা হায়বীদু চহী কয়াদি শুরম্লগনি। "

" ঐনা খঞ্জবদা চহী কুনমাথোই- কুন্নিথোইদি শুরম্লনি। চপ চানা মপুং- মরৈ ফারবী লৈশাবীনি।

" *মশক- মতৌ, শাওং- শাবান হায়য়ু।*

" মীওইবগী শকসি অথীবা, শকয়াই, ফজবা হায়না ময়াম্মা অহুম থোকহল্লি। মখোয়সিগী মথক্তা, য়াম্মা চেকশিনবা মীৎয়েংদা করিগুম্বা শকহেনবী হায়বা কাঙলূপ অমা লৈরবদি বালা মদুগী মনুং চনগনি। ফজবা মায়থোং অমসুং চংখোনবা রাশিগী মথক্তা নীংথীজবা তিংদা য়াংদানা অউবশিংগী মীয়েং চিংশিল্লি।

" ইনাও নহাকসি লৈশি-লৈথোনবা ওহ্রোক্লসু হৈগ্রে। কলম্মা খূৎলাই ওইগদবা নঙনা করিগী নোংমৈ পায়রুরিবনো?" ডাক্তর নোক্লম্মী, " মী থাগৎপা হৈবগীদমক মনা ফংগনি।"

" ইস! মেদাম। অশেংবা হায়বনি। ঐনা থাগৎনীংদবা মী লৈতব্রা খঞ্জে, ব্বাফমদু বালা ঙাক্তেদা থাংজিনবীগনু।"

" মদুমদি ঐ য়ানীংদে, নহাক ওইদবা ব্বা ঙাঙলে। নহাক্না ভারতকী সিফাইশিংবুদি য়েক্লবা ওইনা উই, নুংশিবা ঙম্লোই।"

" করিগী নুংশিরোইদগে, মখোয়সু মীনি। মখোয়না ঐখোয়গী লম্বী থৎত্রবা, মাঙনবা তৌরক্তবদি মরুপ্পি করিগী হায়রোই।"

" পাখং নহাক্কী মরৈসিদা ঐ নুংঙাইবা ফাওদে। ঐখোয়গী ব্বারী পরীংদা চুম্মা চৎথসি।"

" অদুনি ঐনা হায়জনীংলিবা।"

" অদুদি তাকপীরো, হৌজিক বালা মফম কদায়দা লৈবগে?"

" মহাক ম্যানমারগী মনুংচনবা, মণিপুরগা তাইনবা মফমদা লৈ।"

" লমদুগী ময়াম্মা খঙনবা অশেংবা মমিং হায়বীয়ু।"

" হায়রুবগী কান্নবসু লৈরোই।"

" নহাক্কী ব্বাসি ভাব তাদে।"

" মহাক ঙসিনা নিংথি খোংবান্দা, হয়েংনা অঙ্গো চীংদা, মথং নুমিৎনা মোরেদা লৈবা য়াই। শন্নপ্না হায়রবদা মহাক কবো তম্পাক্কী লমদমদা খরা নম্মা লৈরে হায়বসি খঙবীরো।"

টেবলদা ডাক্তরগী পি মতূম মতূম তারকই। অদুগা মমায় থাঙ্গক্তুনা ইন্দুদা শংত্রিক য়েংলগা অশাউবগী স্বর অমা হোল্লম্মী।

" অপঙবী , করিসু খঙজদবী মাবু নখোয়না থেল্লগা অদুক খুদোংথীরবা লম্বীদা পুশিনবীরিবা করিগীনো? "

ব্রাহংসিদা ইন্দু অশাউবা খাঙবদা নোকহনখি। অদুবু মহাক্কী নীংঙমদবা মায়থোংদি ডাক্তরদগী লোৎপা ঙল্লমদে।

ইন্দু পাউখুমদা চংথে, " মেদাম, ব্রাখন্দু ওন্নরে। ঐখোয়না মঙোন্দা থেমখিবদি পার্টি য়াওরক্তনবনি, য়াওহন্নবা নত্তে। ঐখোয়গী ইরক্তা মখোয়গুম্ববু তিলহন্নীংদে, থোক্লকপা য়াবা অকিবা কয়া উত্তুনা থিংখি, ময়ূমদা অমুক হন্‌খিনবা অকিবা ব্রারী কয়া লীখি। "

" কনানা, কদাযদগী ময়ূমদা থিনগদৌবিবা? " ডাক্তর লাউখৎলকখি। "

ইন্দু শকফম খবা ওল্লি , কযা হৈনদবগুম মশা পূম্বা লেঙদুনা টেবল্লোমদা নকশিল্লম্মী।

" বালাগী মবমদা পীগদবা ঐগী পাউ মতাং অসিদা লোইজরে, অদুগা ঐগী ব্রাশকসু পাঙথোকচরে হায়না লৌজরে। মবম অদুনা মেদামদগী ঐনা থৌরাংনা ঙাইজরিবা পাউখুম পীবীবগী মতম ওইদ্রিবরা? "

" ইনাও ইন্দু, ঐসি ব্রাশক্লা পুল্লে। নৎত্রবদি নখোয়গী পার্টিনা পঙলবী নৈশাবী অমা লাল্লা লমজীংবগী লমন্দা হৌজিকমক ঐনা নহাকপু পুলিসনা ফাহল্লগদবনি। "

" অদুদি মেদাম , ঐঙোন্দগী ব্রাফমসিমসু খঙবীয়ু, ইন্দুদি য়েক্লবগী খুৎচন্দ্রিঙৈদা মথন্তা শিজগদবনি।"

" ও! ঐ মাঙজরে! " ডাক্তর থম্মোয় কায়খ্রবগুম অমুকসু লাউরকই, " অপঙবীদুনা অদুগুম্বা ফিরেপ লৌখ্রবকো! হে ঈশ্বর অসিবু কনাগী থৌশিন্নো! "

" মসি ইন্দুগুম্বা চাম্মা চাম্মগী থৌশীলনি, বালাগুম্বা লীশীং লীশীংগী ফিরেপ্নি। "

" ফরে পাখং! ফিরেপ চেৎপা, নীংতম্বা পাম্বা নখোয়না পাঙদ্রবী ঐখোয় ময়ামগী থম্মোয়বুদি থুগাইরো। "

ইন্দুনা অমুক খুল্লক্লবদা ডাক্তরসু মখা তারকখিদ্রে। মখোয় অনী তুমীন- তুমিন লৈবনা কাদু পূমচিক চিকই।

" ঐ পাউখুম ঙাইজরিবনি। " হন্দক্তি ইন্দু দাবি য়াওনা হায়।

ডাক্তর মমিৎ- মমায় ফিজিনা নাম্থোক্লুনা মশমদু অমুক্তং নাম্থদুনা তপ্না, চীংলেম্না খুল্লকখি, " ঐ কাউদে! পাউখুম পীদ্রিঙৈদা, থৌনা ফবা পাখং, ঐ নঙোন্দগী ৱাশক অমগা নিখিগদৌরি। "

" তাকপীয়ু, ঐ মেদামগী অপাম্বা থুংনবা শোয়দনা হোৎনজগনি। "

" সাবাস! ইন্দু, ঐ তশেংনা পেঞ্জে , নহাকপুসু থাজে। নহাক্কী ৱাশক্না ঐগী অৱাবা তম্থায় অমদি কোকহল্লবনি।

" অদুদি ঐনা তৌগদবদু তাকপীরো। "

" ইনাও ইবুংঙো, " ডাক্তর মশাদু খাঙফম-তৌফম খঙদ্রবগুম ফুক হৌগত্তুনা ইন্দুগী মকোক্তা নাল্লগা হায় " হৌজিক ঐগী অপাম্বদু পাউখুম- ৱারীসিগী মতুংদা হায়রগে। ঐনা নহাকপু হন্না হন্না ৱাশকহন্দুনা অৱাবা পীবদগী ঐগী থবকপুদি থৌশাবীদবা তৌগনু। নহাক মতীক চাবা নুপানি, ঐগী থাজবা কৈদৌঙৈদসু মাঙহল্লোই খল্লি। "

ইন্দুগী অঙকপা অসুম অসুম চাউখৎলক্লি। অদুবু মহাক ৱাশকখ্রে খন্না খুম্মী, " মেদাম, ঐসি লালহৌবা মীনি। মীয়ামগীদমক থৱায় থাদোকপগী ৱাখলবু নীংহন্ননবদি তাকপীগনু। "

" মঙ্গল ওইয়ু ইবুংঙো। ঐঙোন্দগী নহাক্না পাল্লিবা পাউখুমগী ৱারী হৌরগে। " ডাক্তর নীংশিংবদা মমিৎ উইশিল্লম্মী অদুগা মখা তাই, " কনাদসু তমথোকখিদ্রবা ৱারী অমা ঐনা ঙসি নঙোন্দা লীথোক্লবনি, ঐগী থৱায় কঞ্জনবা। ঐগী ৱারীগী অরোইবা শরুক অহৌবদা পুখৎকে। য়েংঙু ইন্দু, বালা হায়বীদু ঐগী ইচানি। ঐগী ৱাসিদা নহাক করিগী খংলিবনো? ঙক্কনু। শকুন্তলা ঐগা চপ মান্নবা বালাগী মমানি। ঐনা বালাবু পোক্লবসু সংসারপূম্বনা শকুন্তলাবু বালাগী মমানি হায়না সাক্ষী পীনবা মবম

লৈ। পীফমসু থোকপনি, মদু ঐসু য়াই। ”

অঙকপনা লাকহৎলবা ইন্দুবু য়েংদুনা ডাক্তর ব্রারী মখা চৎথৈ।

— ইমা- ইপানা ইবুং অমগা ঐগা ঐখোয় অনী পোকই। ইবুংগী মিং লুইস কৌই। মহাক অমেরিকাদা লৈখ্রে। ঐগী জাতি মোয়োন্নি, ইপাসু ইমাসু। ইমাগী মমাদি অনাল নিঙোলনি, লিংজেন খায় হায়। ফব- ফত্তবা ইমাগী ঈদু ঐখোয়দসু খরদি পক্লন্বা তাই। ইপাদি কুরকম শমশাংবা, মতম অমদা মোইরাং নিংথৌবু চাইনবদা মাযথীবা পীবা ঙমখিবা, খুৎকন পাঙ্গনবা, মশক- মতৌ ফজবা খুল্লাকপা অমগী চারোল- শুরোলনি হায়না চাউথোকচৈ। মহাক্কী শক- গুণদসু চীং লোইশাং পূন্নমক্লা ব্যবহার তৌনবনি।

ঐনা পুংকক চাউরকপা মতমদা মৈতৈ নুপা মচা অমগা উনখি। নুপা- নুপী ওইবগী থম্মোয়নুংগী নুংশিবা কৌবা তাইবংগী অথুপ্পা লোনসি অঙাং ওইরিঙৈদগী অদুম তন্বা অমসুং ফাবা জাৎনি। ঐ মহাক খক্তা য়েংনীংদুনা লৈখি, ব্রাখন্দসু মঙোন্দা লুপখ্রবনি। মাগী মমিং গম্ভীর কৌই। মপাদু অচৌবা ওফিসরনি। ইপাগী অচেৎপা মব্দপ্নি।

ঐনা লৈশাবী খরা খরা ফারকপা মতমদদি গম্ভীরনা ঐবু তত্তনা থিরকখি। ঐ মঙোন্দা নুংশি হায়না ফোংদোকপা ঙমখিদে, লাম্বা চাদে খন্না য়াম্না ইকাইজখি। মহাক্না উনবা মতমদা ঐগী থম্মোয়দা মফম খঙদবা চৈনা ফাওই। পুক্নীংনদি মাগী শক উদবদা লৈঙমদ্রে হায়বা য়াজরবসু চীন্নদি লাক্কনু হায়খি। ব্রাহৈ অদুনা মাবু শাউহনখ্রবা খল্লুবদা ঐ অহীং কয়া তূমখিদে, কপ্পুনা লেনখি। ঐগী থম্মোয়দা য়ানীংদবা, অথিংবা অমা ইতৎ- তত্তনা হেক্তা চোংশিল্লকই মানা মৈতৈনি, ঐনা চীংমীনি। মাগী মপানা ওফ্রিসরনি, ইপানা লৌমীনি।

ঐগী ইপাদু পাস্তরসু ওই। বাইবল পাই, নৈনৈ, য়াম্নসু খৃষ্টান ধর্ম্মদা লূপচবা মীনি। ইমাসু ইপাগী চপ চাবা লোয়নবীনি। মখোয়না ঐবু অঙাং ওইরিঙৈদগী হোলি মেরিত্রজগী মরমদা তাকপী। মদুদা ঈশ্বরগী বর লৈ হায়। নোংচুপ লৈবাকশিংদনা চেসতিতি , ভারত্তনা সতী হায়নবা, মপুরোইবা অমদগী হেন্না মশক খঙদবা নুপী ওইবীশিংগী ফিদমগী মরমদা

ইপানা তোয়না ঙাঙঙি। ইপানা ইতৎ তত্তনা খুলগী মমা- মপা ওইবশিংদা কন্না, চেৎনা, শেংনা হায়জ- নিজখিবা ব্রাফম অমদি মচা লৈশাবীশিংবু চর্চতা হোলি মেরিএজ ফংহনসি, মদু থোক্লবা পাখং ওইবশিংসু লমচৎ লূনা লৈহনবীয়ু হায়বসিনি। ইপাগী নীংবা থুংহনবা ঙম্বা থৌনা পীবীয়ু হায়না ঐ ঈশ্বরদা তত্তনা প্রার্থনা তৌরম্মী। মরম অদুনা ঐ গম্ভীরগা লোন্না- থুপ্না উনবা খকপান্নমদে। অদুগা, অতোপ্পা ব্রাফম অমনা, ঐখোয়গী মোয়োন হায়বা জাতিসিগী লৈশাবীশিংনা মায়োক্লবা অব্রাবা অমা লৈ। কনাগুম্বা লৈশাবী অমনা পাখং অমবু নুংশি হায়বা অতোপ্পশিংনা হেক খঙখ্রবা, অদুগা লাইবক থীবদগী মখোয় অনী থুংনদবা থোক্লবা, লৈশাবী অদুবু জাতিসিগী পাখংশিংনা পাউথোকপীবতা নত্তনা মঙোন্দা লুহোংনবা ব্রা হৌদোকপীররোই, মশক কয়ামুক ফজবী ওইরবসু। মরম অদুনা অদুগুম্বা লৈশাবী অদু তাইবং যূম্নীংনবা হোৎনবদা অতোপ্পা জাতি অমগী পাখং লাকপা ঙাইবা তাই। ব্রাফম অসি য়েংলগা ঐ চেকশিনফম থোকপা লৈ। লাইমচাগুম্লবী খুলগী ইচেম কয়া অথাপ অথাপ্পা খুলদা নীংবা কায়না চৎনখিবা উবদা ঐ য়াম্না কপখ্রবনি।

অদুনি ইবুংঙো, ঐগী ব্রাসি য়েংঙু, ঐ ফনা য়াম্না থম্মোয়বু ফাজিনবা হোৎনখিবনি, ঙমখিদ্রে, গম্ভীরবু নুংশি হায়দোকপ্রে। লমহেনবা পাখংদুগী মতৌনা ঐবু পূমঙাও ঙাওহনখ্রবনি।

গম্ভীর মশাগী ফিরেপ চেৎপা, নুংশিবগী মমল খঙবা, লমচৎ নাইবা, মীগী পুক্নীং ঈহুল শোকহন্নীংদবা পাখংনি। মহাক্কী নুংশি লোনচত্তা অমকপা অমত্তা য়াওদে। মরম অদুনা ঐনা মঙোন্দা থম্বা ইজ্জৎ অসুম চাউখৎলকখি।

গম্ভীরগী খোঙথাং অদু ইমা- ইপা অমসুং ইবুংদগী হেন্দোক্লুনা খুঞা পূম্নমক খঙনপ্রে। খুলগী পাখং লৈশাবী খুদিংমক্লা ঐবু পুক্নীং থৌগৎপীখি। মখোয়না হায়, ইকাই খুম্নিঙাই ওইরবা, খ্বাইনা শকখঙনরবা, ইম্ফালগী মৈতৈ ইমুং অমগী মৌ ওইনা খুলসিগী লৈশাবী অমনা চৎখিবা হায়বসি চাউথোকচনিঙাইনি, মসিনা চীংমী- তম্মীগী মবীসু

শেমগৎকদৌরিবনি। পাখংশিংনা হরাউনা নোক্লগা ঙাঙনৈ, গম্ভীরনা ঐখোয় ময়ামদা ইবাই কৌবদু তানীংঙি।

গম্ভীর ঐখোয়গী য়ূমদা ইফোং ফোংনা অদুম লাকপা য়াবনি মরমদি মাগী খোঙথাং য়েংশিন্দুনা ব্বারক্লবা মপা সাহেবতা ঐগী ইপানা ময়ূমদা চত্তুনা হায়রুরবনি। মদুদা মপা সাহেবতু য়াম্না শাউরকখি হায়। অসুম্না— ‘ করিনো ইতাও, নঙনা ইচাদা নচা পীনীংদব্রা। ঐদি নচা নুপী অনিসাবু ইমৌ ওইগে হায়বসি চহী মঙাগী মমাঙদগী খনখ্রবনি। ইচা নুপানা ঐগী অরোনবা ব্বাখল উখিবগুম তৌবসিদা ঐনা মাবু থাগৎলিবনি। নঙনা অনিসাবু চৈবীগনু, লোয়ননা গম্ভীরবু লম হেল্লক্তনবা ধর্ম্মগী লোনচৎসু তাকপীয়ু। ’

ইবুংঙো , মদুগী তুংদা মপাগা ইপাগা করি তৌখি খঙব্রা? মতাও অনীদু কোল্লগা কপমিন্নখি। ইতাও- মরূপ্তুগী হেন্দোক্তুনা ঙাই শেন ওইবগী নক্লবা মরী লৈরগনি হায়না নুংঙাইবা ফোংদোক্লখি।

নোংমা, মেরা থাগী অরোইবা শরুক্তা, ঐখোয় খুলগী পাখং- লৈশা ময়াম অমা মহা তুরেল খোঙনুংগী নূংফৌ লমপাক অমদা পিকনিক অমা পাঙথোক্লম্মী। লূরবা তুরেলগী ঈচেল খরা পিকথরকপগা লোয়ননা তুরেল খোঙনুং নাক য়েৎ অনীমক্তা লৈঙোই নূংব্রেংনা মুক্তা চাইথোকপগুম পূল্লং লংবা মতম্নি। মেঙলবা নুংশা মৈশা চুপশিল্লবা, নূংশিংদু নেৎলুবদা লূম্বু লুম্বু শারে, য়াম্না নুংঙাইহল্লি। লৈরায়-তোর্ব্বান ব্বাংমদা লৈরিবা লৌবুকশিংগী ফৌ খোইঙাং শারে। মোংবা, উরিৎ অমসুং খোইনীংশিংনা শয়োম- শয়োম ফৌরক্তা, লাংলক্তা চাক্তাবা পাইরি। অপিকপা, অচৌবা মচু কয়াগী চেক্লাশিংনা চীংয়া উমংদা খোম্থাং য়ৈনা খোংলি। চীংমায়, চীংয়াংগী উচান পরেং পরেং মমিৎ- মনা শিংনা উরে। লৈরঙ তরুক্তা উপী শীঙ থাদুনা চাক থোংলিবা পাখং লৈশাবীশিং পুল্লাঙ লাঙনৈ। এনশাং মথেল তরুক্লি। ঙা, য়েন, ওক , চম্ফুৎ, লফু ইরোম্বা অমসুং য়োংচাক- চব্বাই শিংজু। অকোনবা মথেনসিবু অউবা খুদিংমক্লা হেন্না মিতানৈ। আ খোংয়োন- মীতোং খুন্দগী লাপ্পা পুরকপা কুমগী অহানবা ওইনা চাগদৌরিবা

য়োংচাক্লি।

ঐনা য়াম্না পামজবা থবক অমদি চাকচা-হৈজানবদা লাঙবসিনি। ঐ ইথৌদা হেন্না পুক্লীং চঙখিবদগী তিল্লিবা ময়ামদু মীশীং কয়ানো মীতোপ কয়া য়াওরি হায়বা খক য়েংলুদে। তশেংনা হায়রবদা, তোর্ব্বান হৌবা অব্রাংবা উয়ুং মতোন্দা থেৎলিবা মাইক্তগী মায়কৈ মরীগী চীংমায়শিংদা খোন্থাং য়ৈহন্দুনা শক্লকপা নুংশিরবা ঈশৈশিং অদুনসু ঐগী ব্রাখল ইচোই চোইহল্লবনি। কয়াদা নুংশিখ্রবা ইশৈনো, অমগী মথংদা অমা— ‘ সৌ সাল পহলে মুঝে তুমসে প্যার থা, ’ ‘ জনম জনম সাথ হৈ, ’ ‘ জো ব্রাদা কিযা হো নিভানা পরেগা। ’ অর্থ কুপ্পা খঙলুদ্রবসু থম্মোয়দদি দংদং য়ৈরখি।

চাক এনশাং থোংবা লোইরে। নুমিদাংব্রাইরম পূং মরি তারে। লা থাবা হৌরবনি। গ্রামোফোন রিকোর্দ ঈশৈ লেপ্তুনা পাখং খরগী মোয়োন ঈশৈনা শিল্লকপদা গিটরগী খোন্থাংসু লাপ্পা চৎখি। এনাউন্সর অমনা শৈশকপশিংদু মথং মথং কৌথোরকপনি। হন্দক কৌথোরকপা লোন্দু মৈতে লোন্দনি — ‘ মথংদা মিস্তর গম্ভীরনা মণিপুরী ঈশৈ অমা লাম্থোকপিগনি। ’ ঐ তু খ্যাও চুংখি। গম্ভীর ইকাই ইকাই মাইক্রোফোন পায়দুনা শক্লকখি, ‘ থাজ মাবু পামজরুবা নোংইন মাগী মরালনি... । ’ ঐগী হরাউ - নুংঙাইবা শরুক তরাদা হেনগৎখ্রে।

প্রোগ্রাম কন্দক্তরগী হৈ- শিংবা লৈ। পিকনিক অদুগী চাক চাবা হৌবদগী লোইবা ফাওবা ময়ামগী নোক্লফম- কুমহৈ শেম্নবা মীশক অনী পুথোকখি, গম্ভীরগা ঐগা। নুংঙাইনবা শেমখিবা চৎনবীগী মতুং ইন্না লৈশাবী অমগা পাখং অমগা পাবোৎ পাবোৎ চামিন্নগদবনি। অদুবু গম্ভীরসু ঐসু নামা নামা তাখ্রে। ময়াম্না পূনশিন্নহন্নবা হোৎনবদা ঐখোয় লাপ্পা চেম্থোক্ল খিবনি।

নুমিৎ তারমদাইদা পিকনিক লোইদুনা য়ুমদা হন্নরক্লে। গম্ভীরনা ঐঙোন্দা ব্রা খরা হায়নীংবা উরবসু ঐনা তাঞ্জাদি খক পীখিদে। ঐগী থোইচৎনবা মতৌদা মরূপ খরদি শাউখি। তুরেল লৈরায়গী অঙম্বা লম্বী কাখৎলকপদা গম্ভীরনা ঐঙোন্দগী হেনগৎনবা হোৎনরকই, ব্রা খরা

হায়নবনি — ‘ ঐ ঙসি হনখিরোই, অহীংদা নঙগা উনখিনি। ’ মদু য়ারোই হায়নীংবনি, অদুবু নংহৌদ্রে।

নুমিৎ হেক তাবদগী ঐ ইশাসি অফা- অপুন্নে, ৱাখল ইচিল- চিল্লি। অসুম মমশিল্লকপগা লোয়ননা লাংতক্লবা হেনগৎলক্নি। নুমিদাংগী চাক মফম খঙনা চাখিদ্রে। ইমুংগী মীশিং তূম্লখ্রে। পুং তরা অদুৱাইদা মনীং- মমাঙগী হূই খেংবা তাই। ঐখোয়গী হূইসু অমুক্তং খোংলম্লগা খংলেপ লেপখি। ঐ ভাব তারে। গম্ভীরগা ঐখোয় হূইগা য়াম্না চান্নখ্রবনি। মপান থোক্তনা লৈবা ঙমশিল্লক্রে। ঐ থোঙ তপ্না হাংদুনা, নাশোন পিক্না লোন্না খুনীং কাঙদুনা, উবাক মখোল থোক্তনবা চৎলগা মখাদা কূমথরম্মী। থাগী মঙাল চীংদোন্দগী খরা খরা লিখৎলক্লে। ঐ ওয়-য়েৎ লৈদুনা য়েংলম্মী, কনাসু উদে। ৱাখল ওন্নরে খন্দুনা ইমুংদা চঙখ্রগে খল্লকপা মীকুপ্তা য়েনগোনগী য়েনশিং ইখং খংবগুম খোংনরকখি। হৌজিক্তি উরে, মী অমা য়েনগোন মনাক্তা পেপ্লি। অপিকপা শঙদুগী নৌনা কুপ্না তুম্নৌগা গম্ভীরগী ফুরিৎ মচুগা- মান্নবদগী ঐনা মহাকপু পাক উখিদবনি। হৌজিক্তি কৈদৌরুনি? উনরুরগে খন্না, পূংজা কয়া ঙাইদুনা, থোরকখ্রবা ঐনি, করিগী নিক্লিবা? ঐ মহাক্কী নাক্তা চঙশিনবা ঙমদনা চপ লেপ্তুনা লৈরে। গম্ভীর নুপানি। মহাক চঙশিল্লক্তুনা ঐগী খূৎ পায়ররে, অদুগা হৈনৌ পাম্বীগী মরুমদা ঐবু পুরম্মী। মফম অদুদা মহাক্না ঐবু হন্না হন্না মথানুংদা চিংশিনখি। মায়, মিৎ, নাতোন, লাইবক, লৱাইগী শম মফম শীনবা থুংনা চাম্মরক চুপখি। ঐ ইশা পূম্বা ইপঙ পঙশিনখিবনা ঙাঙবসু ঙমদে, মাবু ইম্থোকপসু তৌদে। মহাক্না মখা করি হায়রক্দৌরি খল্লুবদা থক থক নিক্লম্মী।

গম্ভীর স্বর শাংনা শাংনা হোন্দোক্লগা হায়রকখি, ‘ অনিসা, নঙসি ঐগী থৱায়নি। ’

‘ করিগীরা, ইবুং! ’

‘ নুংশিরবী অনিসা, নঙ ৱারৌব্রা, লমহেনবা ইতৌসিদা। অদুবু, নহাক অসিমদি খঙবীয়ু , ঐসি তশেংনা ঙাওরবনি। অহীং- নুংথিল মতম চুপ্না ননাক্তদা লৈনীংঙি। ঐঙোন্দা ওইরিবা ফিভমসি নঙবু খঙহন্নীংবনা ঐ

লমহেনবগী শাজং চৎলবনি। ব্বারৌগনু।'

'ব্বারৌবগী ব্বা নত্তে। খৃষ্টমাস মতমদা উনসি হায়খ্রগা করিগীনো তহা তহা অমুক লাক্লিবদি? নপানা শাউরমগনি। ষ্টদিদা অকায়বা থোকহনবগী মরম ঐনি হায়রক্কনি। মদু ফব্রা?'

'অতম বেকেসন নুমিৎ তরামঙানি লৈ। মতমসিদা ঐ নঙবু উনদনা করম্না অব্বাবা খাঙদুনা লেনগনি। অমুক্তং খল্লু।'

'অদু ওইরবসু ঙসাই পিকনিক মফমদা নঙনা হায়নীংবদু হায়রগা চৎখিবা য়াদব্রা?'

'নঙগী ব্বাহে খরা তাদনা ঐগী ঈখৌ করম্না কোক্কনি। ঐ নঙবু উনরমদবা য়াদ্রবনি।'

'করি? ঐবু...! নঙ ঐবু ফত্তবা লম্বীদা লমজিংবীগে খনব্রা? ঐ নঙোন্দা শেংনা হায়জরি, অসিগী তুংদা নঙগা ঐগা লূহোংদ্রিমখৈ নুমিদাংদা ওইরো, নুংথিন্দা ওইরো, অচিকপা মফমদা ঐখোয় অনিতা উনবা ঐ খক- পামদে। মদুবু নঙনা য়াদ্রবদি ঐ হাৎপগী পাপ পুগদবনি।'

'ও! অনিসা! থব্বায়গী থব্বায় ওইবী! ঐগী নুংশিবগী অর্থ লান্না হনবদা ঐ ইকাইবা নংলবনি, ঐ লাল্লে। ঐ নঙগী ব্বা চান্মরক ঙাক্কনি।'

ইবুংঙো ইন্দু, য়েংঙু, ঐ গম্ভীরগী ব্বাঙাঙদুদা পেনমনবদগী কপখি। গম্ভীরনা ঐবু ইমুংদা চঙখিনবা হায়রবসু ঐ চপ লেপ্তুনা লৈরম্মী। মতমদুদা মী অমা হন্না হন্না খৌদেম্লকপগী খোঞ্জেল তাই। মদু য়ূম্লোন্নবদা লৈবা, খুলগী ষনশেনবা ময়াং নুপানি।'

ব্বারী মখা তাবা ঙমদনা ডাক্তর শুৎ শুৎ কপ্লকখি। ঙাঙলবা মমিৎ অনীনা ইন্দুদা য়েংদুনা লৈরে। ঙসিদি পাখং ওইবা ইন্দুগী থম্মোয়সু ইপেৎ পেৎথোকখ্রে, ইনৌ নৌপ্রবনি। মশাগী চেকশিন থৌরাং পূম্নমক পূমকাউ কাউথোক্লুনা অমুক্তা থুংলুদ্রিবা সংসার অমদা মহাক কোইপাই পাইরম্মী।

ইন্দুনা হংলকখি, "অদুদগী মেদাম...?"

ডাক্তর মশম- মনা লোইশিল্লি, চীংলেম্না ইন্দুদা য়েংলক্লে, "ইবুংঙো, ঐ নঙোন্দা অখাকপা লৈতনা - ব্বারী পূম্নমক লীথোক্কনি।

ঙাইখো, চা থকখিসি।"

ডাক্তরগীসি পুক্নীংগী ঈহৌ ফাথনবা উপায় য়েংলিবনি খন্না ইন্দু মহাক্কী ঙাইঙমদবা থাদোকপা তারম্মী। ডাক্তর হৌগত্তুনা চাকশঙ লোমদা চঙখিরম্মী। য়ুমসিদা মথন্তা লৈরম্বগী মরম ৱারীসিনা ইন্দুদা তাক্লকপগুম তৌরম্মী।

ডাক্তর কুইরক্তে, ফ্লাস্কতগী হৈদোকপা চা কপ অনীগা বিস্কুইট খরগা ট্রেদা হাপ্লগা পুথোরক্লে। ইন্দু চাগী মগ পায়খৎপগা লোয়ননা ঘড়ী য়েংলম্মী। মহাক চাদু প্রপ প্রপ থকশিল্লি, বিস্কুইট অহুম-মরিসু লৌখত্তুনা চাবা লোইরে।

"মেদাম," ইন্দুগী মিৎয়েং থবক্তা তারকই, "ঐ কুইবা য়াদ্রে। মপান হোটেলদা ঐগী মী ঙাইরি। মহাক অদুম লৈবা য়ারোই। ঐ অমুক চৎচরগে। ঐ হয়েং মতম অসিমক্তদা ৱারী মখাদু তাবা লাকচগনি, য়ৌজংখ্রগে ঙসিগীদি।"

"ফরে ইন্দু, বাই।"

ডা. অনিসা চীনবানগা চাগা শন্নরবসু থক্কনি হায়বা কাউখ্রবগুম তুমিন ফমদুনা লৈহৌই।

# ৩০

ঙসিদি ইন্দুনা অনিসাগী য়ূম য়ৌরকপদু য়াম্না ঙল্লি। অনিসাসু ঈক মায়থজরগা ঙাইদুনা লৈরম্লবনি। ফোং ফোং শাবা মগকী চাদা কেক অমা লূপ্লগা ডা. অনিসা ৱারী মখা হৌরকই।

— ইবুংঙো ইন্দু , খৃষ্টমাস য়ৌরক্কদবা থা অনীগী মতমদু কয়াগী মতিক ৱানা ঙাইখিবগে হায়বদু করি ৱাহৈনা ফোঙদোক্কনি। পিক্লিবা অঙাংনা কৈথেল কাখিবা মমাবু কৌ কৌদুনা কপ্লগা ঙাইবগুমখি। নিঙাই কল্লবা থম্মোয়বু ফাথনবা হোৎনবদা ঐ কপ্তুনা লেনখি।

হায়নখিবা নুমিৎ অমসুং পৃংফম শোয়নদনা, দিসেম্বর ২৩ গী অয়ুক্তা, ঐনা খুল্লক্তা কেরোল চৎলুবগী হঞ্জিল্লকপদা থোঙ্গান্দা মোতোব সাইকল অমা থৌজিল্লকপগী খোঞ্জেল তারে। ঐগী হরাউবা পাখৎপগা পূল্লি। মপান্দা চেম্থোক্লুবদা গম্ভীর নোকমি, নোকমি চঙলকপা উরম্মী। মহাকপু ঐগী ইবুং লুইসনা কোন্দুনা পুশিল্লকখিবনি।

ইবুংনা হায়, 'ইতাও, নঙবু মখোয়না ঙাইহিরবনি, চাক চাথোক্লসি।'

গম্ভীরদু মরোল খঙফাত্তনা ইমুঙদা চঙলক্লে। অচুম্বনি, মহাকপু ঐখোয় লৈশাবী অনী পাখং মরিনা ঙাইহিরবনি। কুমদু ঐখোয় ওমকুদা খৃষ্টমাস য়াওরুসি হায়না লেপ্লখ্রবনি। ইমা- ইপাদগী অয়াবসু লৌখ্রে। মসিগী ৱাসি গম্ভীর খঙদ্রি, ঐনা তাকপা তাখি।

ঐখোয়গী য়ূমদা চৎমিন্নগদবা মৱাপশিং পুল্লবে। য়াম্না থাপ্না,

চীংজাউ কয়া লান্না চৎলগা লৈরমগদবা ওমকু খুলনি। মতম অমদা খুলদুদা চান্দেল জিলাগী হেদকোর্টর্স ওইনবা শেমগৎলুরে। নাগাশিংগী ঈহৌদগী খুলদু কায়খি। ইচাই চাইখি। য়ুম্লাক খরদি ককচিং খুনৌ মোইরাং কোমদা চেন্দুনা খুন্দাখিরম্মী। অসুম্না ঈহৌ- ঈরাং অমুক- মুক তৌরকপদা কায়খিবা চীংগী খুল মশীং থীবা ঙম্বা নত্তে। চেন্নরুবশিংদু তপ্না তপ্না হঞ্জিন্নরক্লুনা ওমকু খুল অমুক নৌনা খুলদা- লৈতানবা হোৎনবা মতম্নি। অনাল খুল অসিদা চারৌ-মৌরৌনবদগী ঐখোয়গী নক্লবা মরী- মতাদি য়াম্না লৈরে।

মরূপ নুপা অমনা হংঙি, ইতাও গম্ভীর, নঙবু ওমকু য়ৌনা চৎপা ঙমগদ্রনে? য়াম্না লাপ্পনিহে! ঐখোয় হয়েং থুংলুগনি, ঙসিদি খোংয়োন্দা লেক্কদবনি।'

গম্ভীরনা খুম্মী, 'ইতাও, য়েংবা হায়বদুনি।'

অশাংবা চীংলম্বীনি, অঙম্বা কয়া কাগদৌরি হায়বদা মহাক করিসু নাচুংদবা মাল্লি। মহাক্না পুরকপা কৌতা ঙা তরুক, মিঠাই পেকেৎ অচৌবা অমা, বিস্কুইট পেকেট মঙা, চিনি কেজি অনী, চা মনা পেকেৎ অমা, সাবোন অহুম ঐগী খাউদা চেকশিন্না হাপ্লম্মী। তৃম্বা-হিপ্পদা শিজিন্নবা ফিশিং মরূপ অহুম্না পুরম্মী। ঐখোয় পৃং তরা তাবগা মখা পাংনা চৎপা হৌরে।

পোৎথা পোৎথা চৎপনা ঐখোয় নুমিদাং য়াচংবা মতমদা খোংয়োন খুল য়ৌরে। ইপা ইপুশিংনা পাল্লম্বা খুলদু কয়াদা নুংশিপ্রবা। অবাংবা চীংদোন খল্লগা তারম্লিবনি। ইচিক চিকই। তম্পাক্কী খুলশিংগদি খেন্নবা য়াম্না লৈরে। গম্ভীরদা অবাবা নত্তুগা চোকথবগী খুদম অমত্তা লৈতে। ঐগী অঙকপদু কোক্লবা মহাক্না তাক্লকখি। মখোয়গী ইঞ্জিনিয়রগী কোর্সতা লমশাং-চৎপা তম্বীরিবনি হায়। অহীংদু ঐখোয় য়ূম অমদা পূন্না থুংলম্মী।

নোংঙানবগা ঐখোয় ওমকুগীদমক অমুক চৎপা হৌরে। নুমিৎতুসু ঐখোয় ময়াম্না গাম্ভীরগী তুংইনখি। মহাক অবাবা খঙদবা মাল্লি, মরমদি লম্বীদা থেংনবা লময়েন, মচা চেনবী শজি অমসুং অচৌবা খৈরোইশিং তান্দুনা শান্নখি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা ঐখোয় ওমকু য়ৌরে। হৱাও- মথোই কারবা খুনগী লৈশা- পাখংশিং অদুনা ঐখোয়বু পম্বোং তানা চেম্বোরক্কুনা ওক্লম্মী, মখোয় কয়াগী মতীক হৱাউনা উই। চীংজাউ নাপোম শীনবা থুংনা মাইক্কী ঈশৈনা পূম্নিল নিল্লন্লে। উ- ৱা পুম্নমক ঈশৈগী তান থাবগুম হাই হুম্না হৱাউবা উৎলি। শা- উচেকশিংনা খোংলকপদুসু মখোয় শোয়দনা কুমহৈ য়াওরগনি হায়রকপা মাল্লি।

ঙাইহাক পোৎথারবা তুংদা ঐখোয় খুলগী পাখং-লৈশা, নহা- অহল পূন্না পূং থীন্দুনা খৃষ্টমাস কেরোল চৎপদা য়াওরম্মী। য়ুমথোং খুদিংগী শুমাঙদা জগোই শারুই। য়ামদ্রবদা লৈশাবী অমদি চোংথোক্কুনা জগোই শাদবা য়াদ্রবনি। লৈশাবী তরাতরুক্কী পালি লোইবগা নুমিৎসু তাখ্রে। কেরোল লোইশিনবগী প্রার্থনা দিকন অমনা পাঙথোক্লম্মী।

ঐখোয় নুমিদাংগী চাক্কু ঙন্তা চাথোক্লম্মী। য়াচংবা মতুংদা খৃষ্টমাস সার্বিসকী কাংশি য়ৈরক্লে, ময়াম হোল্লোমদা চৎনবা হৌখ্রে। ঐখোয় হোল য়ৌরে। হোলদু খৃষ্টমাস অমসুং নিউ ইয়রগীদমক কুম্মৈ পাঙথোক্লবা খুঞ্জাশিংনা উ- ৱানা শারগা চন্দ্র- ইনা কুপ্পনি। ময়াম ফম্ফমগীদমক লৈমায়দা চন্দ্র চৈখাইদুনা থাই। হোল চঙদ্রিঙৈদা ঐ গম্ভীরগা লৈবুং অমদা লেপ্পুনা ময়েক শেংলবা থাবলনা চীংশাং পরেংশিং অদুবু লূপাগী ফিরাংজিনা কুপথরকপদু অসুম লৈদুনা য়েংলম্মী। মতম অমদা শাগৎখিবা এস. দি. ও.গী ওফিস, পুলিস ষ্টেসন, ইন্দস্ত্রিজ ওফিসনচিংবদু অৱা- অনা নংখিবনা শকফম কায়রে। খরনা মৈনা তংখাই চাকখ্রে। খরনা য়ুমথক য়াওদ্রে , খরনা ফক্লাং হোদ্রোং হোরে। য়ুম্লোন্নবা বর্ম্মা তম্পাক্তি লৈচিলনা সমুদ্রগী শক্তম শেমখ্রবনি। উমংগী উচেকশিং অঙৈংবা খাঙবদা ৱারমাল্লে, খোংলকপা ইতা তাদে। অথাপ্পদা মপাং কায়নরবা শন্দংনা তোয়না তোয়না খোংবদি তাই। কাংশি য়ৈরক্লে। মী কৌশিনবনি। হোলদা অঙাংশিং লাঙনরকই। ঐখোয় ময়ামগা পূল্লুনবা হোল মনুংদা চঙলম্মী।

নোংয়াইগী পূংফম ঙাইবদা হোলদা ঈশৈ শক্লনা, অমদি ঈশ্বরগী পাউজেলগী মরমদা পাষ্টরনা ঙাঙবা তাদুনা, অঙৈংবা খাঙদুনা ফম্নরম্মী।

ঈশৈ পূম্নমক যীশু খৃষ্টপু থাগৎপনি, ইপা ঈশ্বরবু খুরুমজবনি।

ঝানা ঙাইরকখিবা পূংফম য়ৌরক্লে। খৃষ্টবু থাজবশিং অদুনা মখোয়না লগুজখিবা মরাল পূম্নমক কোকপীনবা, অঝা- অনা খুদোংথীবা য়াওদবা, ঈংথ তপথবা অনৌবা পুন্সি অমা পীবীনবা মিৎতগী পি তানা ঈশ্বরগী মফমদা, মচা যীশুগী মিংদা হায়জরম্মী। ময়াম মরক্তুদা ঐসু ঈশ্বরদা য়াম্না হায়জখি , করি বর নিরম্ফম থোকই হায়বদুদি নহাক্না খল্লো। অদুগী তুংদা যীশুগী মিংখৈ শোন্দুনা অহীং চুপ্পা লেনবা ঙম্নবা হোৎনবকই। ঝাংলবা চীংদোন্দগী শিৎলকপা উন পুবা অঙ্গীংবা নুংশিৎ খাঙবা ঙম্নবা হোলগী মচিদা মৈ থাগৎনবকই। কুইমন্না ফম্বদা ঝাববা অঙাংশিংনা মমাগী তম্পাক্তগী কূমথবগা চরূ মথক্তা ওনবসু য়াওবি। হোল মনুংদু মৈখুনা ইমম মল্লে। ঈশ্বরগী গুণ থাগত্তুনা অহীং অদু লেনবদা গম্ভীর হৈনদবা শক্তম মচেৎ অমা ফাওবা উৎখিদে।

অয়ূক্তা, হোল মমাঙ অহাংবা লম্পাক্তা ময়াম পূন্না চাক চামিন্নগদৌবি। মদুনা কুম্মেগী মপূং ওইগদৌবিবনি। চাংলোইনা শীন্দুনা অয়ূক অঙনবদগী থোঙ্গৎখিবা চাক- এনশাং শেম শাবা লোইখ্রে। চা.দবা মীশীং থীদোক্তুনা চাকলুক লা থারে। ময়ূমদগী পুনবকপা অপাম্বা মথেলশিংসু মরূপশিংদা লান্নে। নুমিৎ অদুদা ঐনা থোংবা কৌতা ঙা ময়ামগী মথেন অমা ওইরম্মী। লৈচিল মরক্তগী তপ্না তপ্না ফাওদোবকখিবা নুংশাবু উনগী নুংশিৎনা ময়াই চমহল্লবসু মথেন অমদি ওইবি। কয়াদা হরাউনরিবা। অচুম্বনি, চামিন্নবা হাউবনি।

চাবা থকপা লোইনরগা নুংথিলগী মতম হেক্তা য়ৌরকখি। শান্নবগী থৌবম পবেং মাইক্তা লাউথোরক্লে। অঙাংশিংগী কমলা লাকপীনা হৌদোকই। মথংদা মৌ নহাশিংগা হনুবশিংগা থৌবী চিংনৈ। মৌনহাশিংনা চিংবদা অহল অমা ফৈনা শিৎলি। খাঙবা, শংবদা য়ানুংদগী হিদাক- মনা মরৈ অমা চোংথোকখ্রে। মদু খুনগৎপা হোৎনরমদ্রবদি হনুবশিংদু মায়থীরমদবা য়াবনি।

মথংদা লৈশাবীশিংগা পাখংশিংগা অমুক চিংনৈ। লৈশাবী মশীংনা

মরি হেনবনা মান্নবা পাঙ্গল ওইরগনি খন্নে। ফনা কুইনা চিংনে। ঐগী লাইবক্তা থোরক্লিবা হুমাং মরীকশিংদু উরুবদগী ওইরমগনি, গম্ভীরনা থৌরী থাদোক্কদবগুম তৌরকখিবদু। অদুবু শান্নবদি শান্নবনি খনখ্রমাল্লে, মহাক্কী খোল্লাউদা পাখংশিং পাঙ্গল ফুদোকখ্রে। লৈশাবীশিং মায়থীরে।

শান্নবদু মথং মথংনি। নূং লংনৈ, তা হুন্নৈ, চেঞ্জোং তান্নে। শান্নবা খুদিংমক্তা গম্ভীর য়াওরম্মী। কলিকাটাগী সেন্ত মেরী কনবেন্ট স্কুলদা ঐনা খ্বাইদগী ফবা এথলেট ওইখি হায়বদু ঙসিদি গম্ভীর চপ চানা থাজরম্লগনি। মহাক্কী হরাউবদু ঐনা য়েংবদা অপেনবদগী পোকপনি। খুলগী পাখং লৈশাবীগী টিমগা খুল্লানবগী টিমগা হৈজবা উৎনদুনা বোলি বোল শান্নবদুনা স্পোর্টস লোইশিনবগী থৌরম ওইখ্রে।

নুমিৎ তাখিবগা নুমিদাংগী চাক চাগদবগী থৌরাং অমুক লোইনরে। ফুঙ্গা মৈগী অকোয়বদা চাদ্রবদি চাক-এনশাংগী মহাও খঙগদবা মান্দে, য়াখৈ নিক্কা ঈংলে।

পূং তরেৎ চপ চানা তাবা মতমদা কাংশি যৈরক্লে। অহীংদুগী থৌরমদি সোসিএল গেদরিংনি । নুপী মচাশিংগী ঈশৈ, লৈশা- পাখংশিংগী জগোই, লীলা, অরোইবদা ফাগি জোগাইনি। অরোইবগী থৌরমদু গম্ভীর হৈনরোই , থৈদোক্কুনা থম্বনা ফগদ্রা হায়বসি ঐ অনী- অহুম্লক খনখ্রবনি। মরক্কুদা ঐখোয়গা লাকমিন্নবা পাখং অমনা গম্ভীরদা হায়, ' ইতাও, চীংগী খৃষ্টমাস কুম্মে হায়বসি অপিকপা খুল ওইরো, অচৌবা ওইরো, তৌনরিবসি অসি ঙাক্তনি। খুলসিগী জোকরনা হোরেন ফাগি তৌগনি। হৈনদবা তৌগনু , য়েংসি। হায়নবা লৈ, দারটি জোক্স আর বেষ্ট জোক্স। মদুদা গম্ভীরনা খুমখি, ' য়েস, আই এগ্রি, লেটস ইঞ্জোই ইট '। মদু তাবদা ঐ তুমিন লৈরে।

খৃষ্টমাস হোলদা মী মপূং ফানা তিল্লে। প্রোগ্রাম চৎথরক্লে। নুপী মচাশিংনা অঈংবা থাদোক্কুনা নুংশিনা ঈশৈ শকখি। মথংদা লৈশাবী অমগা পাখং অমগা জোরা জোরা জগোই শাই। মদুদা পূং অনী হৌখ্রে। মথংদদি ঐখোয় মরিগী লীলানি। ঐখোয়গী আ খুলদা তম্লকপনি। মদুদা শেৎকদবা ফিজোন লোইনা পুরক্লে। মৈতৈ ইমুং অমগী বারীনি। মনেম ফত্তবীনা মমৌ

ওৎখাইগদৌরি। মনেম্লা ইতানা, ঐনা মমৌনি শাগদবা। নুপাগী শক্তমদনা লাকমিন্নবা পাখং অনীনা। মতাং অসিদা ঐনা য়াম্না নুংঙাইজখিবা অমদি ফিরোল শেংপা অমসুং চন্দোন থিনবদা লংফৈ লাকপী মৈতৈ নুপী অমনা ঐবু তেঙবাংবীখি। ঐবু ফিজেৎ লৈতেংবীবা লোইরগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলিবী মৈতৈ নুপীদুনা হায়রকখি —' অসিবু কনা লৈমা নিংথৌ মচানা হেনগনি, লাইমা ফজেদা ইবেম্মা নঙসি। ' মহাক্না থাগৎপীবা অদুনা ঐ গম্ভীরগী মমাঙদা থোকপদু হঙ্গোয়হন্দ্রে।

লীলাগী ৱারী, ঙাঙনরিবা ৱাহৈ- ৱাতা, মানবা- মান্দবা পূল্লপ হুন্দোকখ্রগা ময়াম্না মুন্না য়েংনরিবসি ঐঙোন্দনি খঙলকপদা ঐ কন্না ইকাইবা ফাওরে। মরক্তুদা গম্ভীর য়াওরিবনি, মরম অদুনা ঐ ৱা ঙাঙথোকপা ঙমদবা মতাংসু লাকখি।

মথংদি ফাগিনি। ময়াম্না অহীং মিৎশেল খাঙদুনা ৱানা ঙাইনরিবসি মদুনি। সোসিএল গেদরিংগী নুংগী অর্থদি অয়ৌবী ফাগিনি। চহী চুপ্পগী অৱাবা অহীংসিগী মীকুপ খরদং পেন্না নোকচরগা কোকথোক্লগদৌবিবনি। অনৌবা চহী লাকপদা অনৌবা পাঙ্গাল তানগদৌরিবনি। মসি গম্ভীরদ, করি থোক্কদৌরিবা, খন্দবা ঙমদে। মরমদি ফাগি তৌগদৌরিবা ময়াম অসিগী মরক্তা থাপ্প- থাপ্পবা খুলদগী ফাগী তৌবীরনবা বার্তন তত্তনা ফংবা অহল অমা য়াওরিবনি। ঙসি মহাক্কী অনৌবা করি ফাগি পুথোরক্কদৌরি হায়বসিদনি ময়াম্না খৌরাংনা ঙাইনরিবসি।

ফাগি তৌবা নুপা অমা থোরকই। মহাক্না হৌগদৌরি। নুপাদুনা হায়রকই, মহাক ওমকু খুল্লাকপগী ময়ুং হানবা মতৌ তমগদৌরি। ফজনা শেম শারকপা জাৎনি। ষ্টেজগী মচীনমক্তা লেপ্লগা খোঙগ্রাউ ফলাই চেন হাংদোরকখি। ময়ামদু নোকপা হৌরে। ফলাই মনুংদগী ইঞ্চি তরুক্লোম শাংবা মচীন তুমতক তৌবা ৱাকক অমা থিন্দোরকই। মদু মখূৎ ওয়না পায়। অদুগা কদোমদগী ঈশিংনো ফজনা কাপথরক্লে। ময়ামদু নোক্লীংবদগী ঙকপনা হেল্লি। ঈশিং তাখিবা লোইবগা ৱাকক্তু মথক- মখা ফৎ ফৎ হাইরন্নগা ফলাই মনুংদা হাপশিনখ্রে। ময়ামদু পুক্লী পায়দুনা নোক্লরম্মী।

মথং মথং ফাগি তৌবা মী মরিগা থোকখ্রে। ময়াম ফজনা নোক্লরম্মী। অরোইবদা ময়াম্মা ঙাইনরিবদু থোরক্লে। মহাক্না হায় 'ঈশ্বরনা তাইবং মালেম লৈশেম- খুনশেম্বা কুইদ্রিঙৈদা মীওইবা ঐখোয়সি শুরুংদা লৈনরম্মী। নোংমা খ্বায়গী অহল নুপা অমা শুরুংদগী থোরক্লম্মী। মপান মখৈ নাইদ্রবা অঙানবা সংসার অমা উবদা মহাক হরাউমনবদগী জগোই শাখি। মানা শাখিবা জগোইদুনি ঙসি ঐনা ময়ামগী মমাঙদা শাগদবসি। ' ভাবকশিং জগোই শারগা লোইখিগদৌরিব্রা খল্লগা পেন্নদবসু য়াওরি। ফাগি নুপা জগোই শাবা হৌরকই। চোংঙি- ফল্লি। শাশিংগী মতৌদনি। লাবশিংগী মচৎতনি। ময়াম নোকপা হৌরকই। মহাক ফুরিৎ লৌথোকখ্রে। অঈংবদুদা। খঙহৌদনা খোঙগ্রাউ নাম্থখ্রে। মফি অমত্তা য়াওদ্রে। চোংবা লেপ্তে ফাদ্রাক- ফাদ্রাক। নোকপদা খাঙবা ঙমদ্রবা নুপী ময়াম হোলগী মপান্দা চেম্থোক্লখি।

অঙকপা ফাগি পরেংদা গম্ভীর হৈনদবা করিসু উৎখিদে। খৃষ্টমাস কুম্মৈ লোইখ্রে। নিউ ইয়রসু মখোয়গী খুলদুদা য়াওসি হায়না পাখং-লৈশাবীশিংনা ঐখোয়বু কন্না থেল্লম্মী। ঐখোয়না মদু য়াখিদবদা মখোয় য়াম্না নীংবা কায়খি। পুলিসদা অসিগুম্বা নুংঙাইরবা মতম অমুক লাকখিগদ্রা হায়না শোল্ল শোল্লদুনা পাখং লৈশা ময়াম্না অচৌবা চীংগোন অমা লাম্থোকপা ফাওবা থিল্লক্লম্মী। ঐখোয়সু মীরৈবাক্কী লমদম্না হেন্না উরবা মফম অদু মীৎয়েংদগী থৎখ্রবদা কায়নবগী স্বর অমদি হোল্লম্মী।

লম্বীদা গম্ভীরনা মরূপশিংদা লী , উ- ব্রা, উরৈ অমসুং উচেক কয়াগী মমিং হংঙি। উতাংবী অমা হেক উবগা গম্ভীর উখোঙদা হেক্তা চঙখি। মহাক্কী নীংবা থুংনবা উথক্তগী মরূপশিংনা ফোয়রুবা উরৈ মখল য়াম্মী। খোংগন মেলৈ, য়েরুম লৈ, শমজিরৈ, ক্বাক্লে, শেন্দ্রাংলৈ, মমিং খঙদবসু ময়াম অমনি। ময়ামদু নম্বো য়োমদুনা মপোৎফানা লূম্না পুবা অঙাং মানবা মতৌদা নোক্লীংলম্বদগী ঐ শাউনীংলকপসু য়াওরে।

লম্বীদা গম্ভীরনা ঐঙোন্দা হায়, ' ঙরাং অহীংগী লীলাদা নঙনা · মৈতৈ মৌ শাবদু কনানা তম্বী, মেকপ্না কনানা তৌবীরিবা? ফিশিংদুনা

কদায়দগী লৌরুরিবা? ঐ ঙক্লম্বদগী কপ্লীংলকখি।'

ঐ নোকখি, 'করিগী? থীমনবদগী য়েংনীংদব্রা?'

'ফজবগী মফমদা থম্মোয়দি মতম চুপ্লা নোল্লি, ইপেৎতা পেৎলি।'

'নঙগী ব্বা ভাব তাদে।' ঐনা হায়।

'নঙগী ফজবসি ঐনা মরূপ মপাংশিংগী মফমদা লেন্নজবগী পূংফম লাকহন্নীংবনা ঙাইঙমদ্রে হায়বনি।'

'নখোয় মৈতৈগী লুহোংবদা কন্যানা দোলাই তোংদুনা চৎপদু লেমজেকো, মহাকপু কয়াগী মতিক ব্বাংনা থাঙ্গৎপীরিবা, ইকাই খুম্নবীরিবা।'

'নঙবু ঐনা দোলাই তোংহনগদৌরিবসি কিলোমিটর য়াম্খ্রে নি।'

ঐখোয় অনীনা নোকপদু মরূপশিংদি অর্থ কয়া খঙদবগুম তৌই।

মথং অয়ুক্তা, য়ূমদা চাকচামাঙ ওইনা থুংলুনবা লাকখিবদু থোইনা ব্বাবা ওইখিদ্রে। গম্ভীর ঐগী ইবুং লুইসকা চাক চামিন্নরবা তুংদা ময়ূমদা হন্নবা মরূপশিংনা থিন্দোকখ্রে।

গম্ভীরগী নিংথম ছুটি লোইদ্রিঙেদা, মহাক চৎলমদাইদা, নোংমা ঐবু উনবা লাকখিনি হায়রম্মী। মদু হাপ্তা অমগী মনুংদনি। মহাক্না ঐগী নাক্তা মতম পূম্নমক্তা লৈনীংঙি হাযরিবসিবু ঐনা খঞ্জবদগী হেনগদ্রা, ঐ মাবু উদ্রবদি হিংবা ঙমগনি হায়বা থাজরক্রে। মসিগী মরমদা ব্বাফম খরদং মঙোন্দা ফোংদোক্লবদা হোলি মেরিএজগী ব্বাফম কায়গদ্রা কিজবনা ঐ মঙোন্দগী লাপ্তুক লৈনবা কন্না হোৎনখি। .

ঐখোয় খুলদা চহীদুগী নিউ ইয়র কুম্মে মথং তাং অনী ফাওবা চৎথখি। ঐখোয় খুলনা কুম্মে পাম্বগী ব্বাদি মাইক বেটরী শিদ্রিফাওবা লোইশিন্দে হায়নরিবনি। ঐ নুমিৎতু অহীং অনী তুন্নক্তবদগী য়াম্না চোকথরম্মী। য়াচংবা মতুং, চাকচা তোকপগা ঐ কন্না উইখি , তূম্নীংবনা খাঙবা ঙমদ্রে। ঐ হিপফমদা ঙাইহাক তিংথোক্লম্মী। ইমানা মখোয় কুম্মে তৌফম হোলদা চৎলে, থুনা লাক্লো, থোঙ লোনশিন্নম্মু হায়না মপান্দগী অনী অহুন্নক হায়রম্বদু ঐ তায় অদুবু, অমুক নীংশিংলুদনা তূমথখ্রে। ঐ মীকপ থোরক্লে। কয়া কুইনা তূম্নুবনো হায়বা ঙমদে। তঙ্খাই হাঙবা থোঙগী

থোঙজিন্দা মী অমা লেপ্পা উই। নুপানি। ঐ গম্ভীরবু চৈরম্মী। অদুবু কুইনা মপান থোক্তনা লৈবা ঙম্লক্তে, মিহুনসু অসুম অসুম পৌখৎলক্লি। করিগী অসুম্না অচেংবা তাঞ্জা থিরক্লিবনো! ঐ থোঙ লোমদা চৎলি য়ূনম ফোং ফাওরকই। ঐ শাউনীংমনবনা থোঙদু অমুক থিংজিনগে তৌরুবদা শাফু কন্না ইল্লগা য়ূথকপদু চোংশিল্লক্লে। ঐ পূমঙক ঙকই, পাখৎপনা নিকখ্রে। চঙলক্লিবদু গম্ভীর নত্তে, খুলগী ষনশেনবা ময়াং নুপাদুনি। নুপাদুনা মাগী অপাম্বা ফংনবা হোৎনরকপদা ঐ পাঙ্গল ফুদোক্তুনা লাক্লখি। ইমুংগী পোৎ-চৈ, ফুঙ্গাগী শীং - উৎ, ফিরোল ইচাই চাইরল্লগনি। মহাক্না পাঙ্গল হেনবনিনা ঐ মায়থীবা য়াবগী অকিবা ফাওরে। মহাক মখুৎনা অমম্বদুদা অফং অফংবা লাম্বা হৌরকখি। ঐ লাউনীংখিদে। অহানবা মরম্না, তাবীনবা মী লৈররোই। অনীশুবনা, নুপা অদু হনুবী মমাগা, মচন লৈশাবী অমগা খুলসিদা তাংলগা লৈরকপানি। মহাক্কী লমহেনবসি খঙলকপদা ইবুংনা মাবু হাৎলগনি। ঐ মাবু থেমদুনা নত্ত্রগা মায়থীহল্লগা থাদোকখিগে খল্লম্মী, ব্রাখল-লৌশিং মাঙখিদে। ঐনা থেম্মি, 'ঐবু থাদোকউ, মপান থোকসি, ইবুং লুইস মরূপশিংগা হল্লক্লগনি।'

মহাক খজিক্তং হরাউখিবা ওইরমগনি, ঐবু থাদোকই, অদুবু ঐগী ফিজি পায়দুনা নক্লা ইল্লকখি।

মহা পাপীদুনা হংলকই 'কদোমদা চৎসিগে? ইম্ফালগী নুপা অদু খক্তনা নুপারা? ঐসু পাখৎনি, করিগী কিরিবনো?' থম্মোয়দা তানা লেংখ্রে। থোঙ্গাল কানথোকপগা ঐ খূনীংনা ময়াংদুগী নীংদোন থজিন্দা কন্না থিল্লগা হৌদুনা চেল্লম্মী। হন্না য়েংলমদ্রে, ঐ লেপ্তুনা চেল্লম্মী। লম্বীদা অহল- মতৈ -মনাও লাকপা থেংনৈ, মখোয় য়ূমদা হঞ্জিল্লকপনি। মখোয়না ঐগী তুংদা তান্নরকখিবা ময়াং নুপাদুবুসু উখ্রে। ঐ ইকাইবা হন্দোক্তুনা অহল অনীগী মতুং ইল্লম্মী। মখোয়দা ঐনা তৌরক্লিবা ফিভম অসিগী মরীদা কনাদসু তমথোকপীদনবা হায়জরম্মী।

য়েংঙু ইন্দু, খোংজীন চাম্মা মেনবা ঙম্মী, মীচীন অমা মেনবদি · লুবনি। থৌদোকসিগী পাউ অহীং লান্দনা ঙুং ঙুং ঙংনখ্রে। ইমা- ইপা খুদক্তা

চেল্লকখ্রে। ঐ মখোয়না হংবা ব্রাহং অমত্তসু খুমদনা কপ্পুনা খাঙখি।

ব্রারী তারিবা ইন্দু থক থক নিক্লা হৌগৎলকই, অদুগা মখূৎ লোন্নদুনা অনিসাদা খুরুম্মী, " দেবী, অদুগী মখাদি? "

"পাখং, মখা ব্রারীসিদি নহাক্কী ব্রাহংগী মপূং ওইবা পাউখুম্লি। ইকাই- হঙ্গোয়নিঙাই ওইরবা ব্রারী কয়া চিংথদনা লীবা ঙল্লিবসি শিনফম্না হাপ্পা থৌনানি।

" মেদাম মখা চংথবিয়ু। " ইন্দুনা তকশিল্লি, " পুন্নমত্তু ঐ খঙজে। "

ডাক্তর কপ্পগা তোৎশিন্নরবা মীনোক অমা উৎলক্লে। মহাক মপি তৈথোক্লম্মী।

— " অহীং অদুদা খুলগী পাখংশিংনা ময়াং অদুবু থিবদা ফংখিদ্রে। মখোয়না মমাগা মচাগা দণ্ডি পীনবা হায়নরকপদা ইপানা কন্না খামখি। অদুবু নোং ঙানবগা মমা- মচাদু খুল থাদোক্তুনা চংখ্রে। খুঞ্জাশিংনা ঐঙোন্দা থমখিবা চিংনবা য়াম্না চাউখি। ঐসি ইজ্জৎ মাঙলবী নুপী অমনি হায়না লৌনখ্রে। ঈশ্বরগী মফমদা ঐবু অচুম্বা লম্বীদা লমজীংবীনবা হায়জবা নত্তুনা অহীংদুগী ব্রাফমদা ঐ লান্দে হায়নীংখিদ্রে। করিগীদমক লৈশাবী অমনা খুলগী মীয়াম তিনফম কুম্মে থাদোক্তুনা নাইতোম তানীংলিবনো হায়না হংনরকখ্রে। অরোইবদা, নুপাদুগা ঐগা মমাঙদসু অরোনবা মরী লৈনরম্বা য়াই হায়নবা য়াওরে। হেন্না শাথিবা খুদম অমা যূম্লোন্নবা নুপীগী চীন্দগী থোরকখি — নোংমা নুমিদাং অমা ঐনা উবাক্লা কোয়শিন্দুনা শেম্বা, যূমদগী তোখাই লৈবা ঈরুজফমদা কেন্দল থান্দুনা ঈরুজরিঙৈদা ময়াং নুপাদু শঙ মচাদুদগী থোকখিবা উহৌই হায়বসিনি। ফরে, অমবু ওইরো, অমবু ওইরো ঐ পাউথোক্লবীনি। খুলসিগী পাখংশিংগীদি ঐসি চন্নদ্রবী লৈশাবী ওইরে। ইমা- ইপা অমসুং ইবুংনা ঐগী অশেংবা ব্রা খঙলবসু মখোয় ইকাই ফিরুক খুল্লে। গম্ভীরবু নুংশিবা কাঙবুনা ঐবু উবদা তিল শিংনীংবগী মওংদা লৈনরে। ছুটি হল্লমদাইদা ঐবু উনবা লাকখিবা গম্ভীর থম্মোয় কায়না খুল য়ৌরমদনা হনখি হায়বা ঐ তায়। মঙোন্দা ঐখোয়গী খুলগী পাখং-লৈশাবী খরনা থোকখিবা থৌদোক ফজনা তমদুনা খঙহনখ্রে, ঐবু অমুক হন্না

নীংশিংলুদনবা পাউমেনখ্রবনি।

গম্ভীরদু মপাগী মাঙদা য়াম্না ইকাইজরমগনি। পুকচেল মকপী চীংমী নুপী হায়না মহাক হন্না হন্না চৈরমগদবা মাপ্লি। অদুগা চীংগী লৈশাবীশিংগী লমচৎতা মহাক থাজবা লৈরমগদবা মান্দ্রে। মহাক্কী মপা বি.দি.ও. সাহেবতুসু ঐখোয়গী খুলদা অমুক হন্না লাকখিদ্রে। মীওইবগী থম্মোয়দা পীবা অকনবা চৈনাশিংগী মরক্তা নুংশিবনা মপু য়াম্বগী ৱাখোকসিনা খ্বাইদগী চাউই হায়নৈ। মলোম অসিদগী গম্ভীরনা ঐঙোন্দা অশেংবা ৱারী লীহন্নবগী তাঞ্জা অমত্তসু পীরমদ্রে। অদুবু ঐগী ৱারৌবা কোকচনবা পেঞ্জবা অমগা ঈরোয়নরকপা অচৌবা অৱাবা অমদি মহাক কলেজ চঙদনা অৱাং ভারতকী শহরশিংদা অঙাওবগুম কোয়চৎ চত্তুনা লৈরে, মহাক্কী মপাসু হায়ফম খঙদনা ৱারে হায়বা পাউ ঐগী নাকোং য়ৌরকখিবদুনি। ঐ লোন্না লোন্না কপখি। থাবল ফবা অহীংশিংদনা ঐ হেন্না লৈফম খঙখিদে। অৱাংবা চীংজাউগী অশুকপা লম্বীদা গম্ভীরগী খোঙ্গুন তাহৌবদু য়েংবা চৎনীংখি। পিকনিক্তা মহাক্না শকখিবা ইশৈগী ময়েক ৱাহৈশিং কয়া ফাবাত্তবসু তোয়না ঙংখিবদু করিগীনো ঙসিদি চীন্দগী থোরক্লিঙৈদা মিৎলু পিরাংনা হানখ্রিবা? ওমকুগী ৱাংলবা চীংদোন্দা মহাক্না শাখিবা জগোই কনাগীদমক্লো? ঐনা মরম ওইরগা গম্ভীর ঙাওচৎনরে তাবদা ঐ ইথন্তা শিজরগে খল্লকপা য়াওখ্রবনি। অদুবু অতোনবা পাঙদবা থবক্তু ঐগী পুক্নীংদা অমুক হন্না ইনশিনবীরক্তনবা ঐ ঈশ্বরদা কন্না হায়জরম্মী।

মতম অমসুং য়াওল হায়বসি সংসারগী খল ঙাক্লিবা পোৎশক অমনি। ইন্দু, ঐগী অৱাবা নেমথনবা মরম লাকপ্রে। গম্ভীরবু মপানা মশক মতৌ ফজরবী, য়াম্না ঈং- তপচবী শকুন্তলা হায়বী অমগা শকখঙনহন্দুনা লুহোংনবা হায়না শীংনখ্রে হায়বা পাউ তারে। লুহোংবদি গম্ভীরনা ইঞ্জিনিয়র তম্বা হেক লোইবগা পাঙথোক্কনি হায়বসু তম্লখি। ঐ শকুন্তলাবু লাপ্না আশীর্ব্বাদ পীবগা লোয়ননা মশকসু য়াম্না খঙনীংখি। কয়াদা তোনখ্রবা মীওইবগী ৱাখলনো, ঐ ইশাবু শকুন্তলাদগী হন্থ্রা হায়বসি তোয়না হংজখি। পাউখুমসু অতোপ্পশিংদগী খঙনীংলম্মী।

অহীং নুংথিল চানি থক্লি খঙদনা লাইহিক পাজখিবা অমসুং

হোৎনজবগী মহে্ ঈশ্বরনা পীবীরকই, পি য়ূদা ফার্ষ্ট দিবিজন্দা পরীক্ষা পাস তৌরে, এম. বি. বি.এস তম্নবা এন্ত্রান্স পরীক্ষাদা এস.টি. কাঙলূপকী ওইনা মকোক ওইখি। ঐ দিল্লীগী এ.আই.আই.এম.এস তা মিং চনবা ফংখি। মদু ঐগী পুন্সিগী অচৌবা মায়ওন অমনি। শেম্বোক পিকপা ইপানা ঐবু ডাক্তর তমহনবা হ্বাগনি খল্লুবদু খুঞ্জাশিংনা কোকহনখি। মখোয় পূম্ন মক্না অঙম্বা মতেং পাংবীগনি হায়না লেপ্পখ্রে। চন্নদবী ঐবু মীয়াম্না অমুক চিংখৎপীবদা ঐ য়াম্না হরাউজখি। নুমিৎ অদুদগী ঐ ইশাসি খুঞ্জা মীয়ামগীনি হায়বা খক কাউরমদে। ”

ডাক্তর অনিসা হ্বারী লেপ্পুনা ঘড়ী য়েংলম্মী। হঞ্জিন হঞ্জিন খীংলকখিবা টেলিফোন পায়খত্তবা য়াখিদ্রে। নুংঙাইজদবা শকফম অমা ইন্দুদা উৎলকখি।

“ ইবুংঙো ইন্দু, হ্বারৌবা য়াদে। অথাপ্পদগী পুরকপা পেশেন্ট অনী য়াওনা বিজিটর ময়াম ঐগী ক্লিনিক্তা ঙাইদুনা লৈবগী পাউনি, ঐ চৎতবা য়াররোই। হ্বারীসি হয়েং ওইনা অমুক চৎথরগে। ঙসিগী মতম অমিক্তা লাকপীরো।

ইন্দু নুংঙাইতবা উৎপা পামখিদে। মহাক খঙনীংবা হ্বাফম অমনা অহীং অমদি ওৎকদৌরি খল্লুরগা য়াম্না লূম্না হৌগৎলকখি।

“ উপায় লৈতে হায়বা তারে, মেদাম। ঐ চৎচরে, হয়েং লাকচরগে। ”

ইন্দু পম্থবা তৌদনা মপান থোকখ্রে।

# ৩১

ৱারী মখা ঙাইহিরিবা ইন্দুবু য়েংদুনা অনিসা মায়োক্লনা ফম্লরে। মাঙগী ৱারী নীংশিংদুনা মহাক মখা তারকই।

— “ ইন্দু, ঐগী পুন্সিদা অনৌবা লামায় হাংদোকখ্রবনি। মদুদা ঐ অফবা ৱাখল খনবা, অতোপ্পশিংগী কান্নবা য়েংবদা লোনচংকী শাজেল শান্নরম্মী। মতমসু হৌখিবা খণ্ডহৌদে। ঐ এম.বি.বি.এস লোইদুনা ইন্টার্নশিপ্তা লৈরে। প্রোফেসরশিংনা মখা তমথনবা পুক্নীং থৌগৎপীরকপদা ঐ য়াম্না হরাউজরম্মী। শেল- থুমগী অৱাবদি ইরৈবু লৈররোই খল্লে। স্কোলার্শীপকী শেনফম চাউখৎলকপগা লোয়ননা য়ূ.এস কী ফেমিলি অমনা স্পোন্সর তৌবীনবা চিঠি লাকখ্রে। ঐ পুক্নীং য়াম্না নুংঙাইজবা মতম্নি।

য়েংঙু , পুন্সিগী খোঙচৎ, য়ুমদগী অৱাবা পাউ অমা লাকখি। ইমা কন্না ঙমদ্রে হায়রকখি। মরক মরক্তা ঈ- ওবগা লোয়ননা ৱাহুবসু অনীরক শুরে হায়। য়েংহল্লুবা ডাক্তরশিংনা হার্টকী অনাবা ওইরমগনি হায়না চিংনরে। মতম অদুদা মণিপুরদা হার্টকী অনাবা য়েংবীনবা স্পিসিত্রলিষ্ট ডাক্তর লৈতে, লায়েংনবা ফেসিলিটিগী ৱা থমখিসি। মরম অদুনা ঐনা পাউ পীখিবদগী ইবুংনা অনাবা ইমা পুদুনা দিল্লীদা লাক্লে। মফম অদুদা য়েংহনবদা ইমা হার্টতা নারে, বেলব শিন্দৱা য়াররোই, ওপরেসনগীদমক থৌরাং তৌরো হায়না খঙহল্লকখি। ওপরেসন্দা চঙগদবা শেলনা লুপা লীশীং মরিফুতরা মঙানি, অতৈ খরচ কয়া অমসু লৈরি। অসুক

চাউবা শেনফমসি ইপানা কদায়দগী পুথোক্কনি। খন্নবদা থোক্কে, উপায় লৈতে। ঐনা ডাক্তর তম্বগী হোৎনবদা ইপাগী লৌ পরী অমগা মরাক লৈজরম্বদু য়োনখ্রে। শেন্দোই হুন্দুনা লৈরিবা লূপা লীশীং কুন্থ্রা শিংদোক্লবা থৌররে হায়বা ঐ পাউ তাখ্রে। ওপরেসন তৌথোক্কবদি ইমাগী ফিভম ফররোই। ঈশ্বরদা ইমাবু কনবীনবা অয়ুক নুমিদাং, মতম পূম্নমক্তা কগুনা হায়জবা নত্তনা ঐগী করি উপায় লৈরি। ডাক্তরনা থা অনীগী মতুংদা ওপরেসন পাঙথোক্লবা তারীখ লেপখ্রবনি। লাইরবা লৌমী ইপানা হৌজিক কনাদগী শেল পুরুগনি। ইমাগা ইবুংগা মণিপুরদা হনখ্রে। করিনো মখোয়না তান্নরুগদবা। ঐ ইথন্তা নিন্দা তৌজরম্মী। ডাক্তর ওইরগা অনাবা ইমাবু লায়েংবা হৈত্রবা, শেল পুথোক্নুনা অহৈবশিংবু য়েংহন্নবা শীনবসু ঙমদ্রবা।

নোংমা ঐনা ও.পি.দি.দা ফন্নিঙৈদা মৈতৈ নুপী অমা চঙলকই। অতোপ্পা ও.পি.দি. ডাক্তর অমনা রিফর তৌরকপা টিকেট চে ঐগী সেনিয়রদা পীশিল্লবনি। ফিজেত্তগী মহাকপু ঐনা মৈতৈ মৌনি হায়বা খঙখি। ইংরেজী অমসুং হিন্দী কয়া খৃৎলোয়না ঙাঙবা হৈতবীদুনা ঐঙোন্দা য়েংলক্লম্মী। মহাক্কী ৱাখল্দু ঐনা উরে।

“ মৈতৈরা? ” ঐনা হংঙি ।

নুপীদু হরাউবা মায়থোং উত্তুনা খুন্নকই, ‘ হোয়, ডাক্তর । ”

অনাবদু হায়দোকপা ঙমদনা মহাক্না য়েংলিঙৈদো সেনিয়রনা ঐঙোন্দা চে পীরকই। ঐ য়েংবা হৌরম্মী।

‘ করি নুংঙাইত্রবগে? ’

নুপীদুনা তপ্না খুন্নকখি, ‘ ডাক্তর, ইশাদা নুংঙাইতবা খরা লৈজরে , কুপ্না য়েংবীয়ু। ’

‘ অসিদা ফম্লো। ’ ঐনা ইনাক্তা কৌশিল্লি। ‘ হায়য়ু নুংঙাইতবা পূম্নমক, করিসু হঙ্গোইগনু। ’

নুপী অদুনা মহাক্কী নুংঙাইতবা ময়াম অমা মথং মথং হায়রক্লে। মদুগী মনুংদগী মরম অমনা ঐগী পুক্নীংবু য়াম্না শোকহনখ্রে। ঐনা খনবদা সেনিয়রদগী কান্নবা ফংগদবা মান্দে। অশেংবা ৱাফমদু ঐ মঙোন্দা খুদক্তুদা

তাক্লীংখিদে। মহাক্না লাকমিন্নবা এতেন্দেন্ট কদায়দা লৈ, কনানো, করি মরী থোক্লবনো হায়না ঐনা হংখি। খঙনা- চান্নবা দিল্লীসিদা লাইরিক তমদুনা লৈবী লৈশাবী অমনি হায়রকপদগী কৌশিলহন্দ্রে। মহাক্কী চেদু ঐনা কনসলটেন্টতা পীশিন্দুনা মশাবুসু কুপ্না য়েংহল্লম্মী। প্রিসক্রিপসন ইদুনা হাপ্না অমগী তুংদা ও.পি.দি.দা লাক্লবা খঙহনখ্রে। নুপী অদু চে পায়দুনা থোকখিরম্মী।

ইন্দু, মিনিট তরারোমগী তুংদা ঐনা থোঙগী মপান্দা য়েংথোকখিবদা মৈতৈ নুপীদু অৱাৎপা অমা লৈবগুম ঐঙোন্দা য়েংলগা ক্রিক ক্রিক ইন্নরবা মীয়াম মরক্তা লেপ্তুনা লৈবা উরে। ইরমদম অথাপ্পদগী লাকপনি, চপচানা তেংবাংফম থোকই। মদুগী মথক্তা মহাক্কী নুংশিরবা, শুমহৎনিঙাই ওইরবা শকফমদুনা ঐবু কৌথোক্লম্মী। ঐ হৌগক্তুনা মপান থোক্লে। নুপী অদুবু লাকমিন্নবী লৈশাবী অদুগা লোয়ননা খজিক্তং হাংবা মফম অমদা ঐনা পুরম্মী।

‘ ঙসাই নহাক্কী মিংদু শকুন্তলা হায়বা নত্ত্রা? ’ ঐনা হংঙি। ‘ হৌজিক কদায়দা লৈবগে? ’

‘ হোয়, চুম্মী ডাক্তর, ঐখোয় লাজপটনগরদা লৈজে, ভারাদনি। ’

ঐ মখা তাই, ‘ কেম্পস মনুংসিদা, আ য়ূসুফ সারাইগা তাইনবদা ঐ হোষ্টেলদা লৈ, নম্বর ৮৮ নি। ঐগী মিং ডা.এ. মোয়োন কৌই। নোংমা নোংমাইজিং নুমিৎ অমদা কোয়থোকপীরকউ। ঐগা লোয়ননা চৎলগা অফবা স্পিসিএলিষ্ট অমগীদা য়েংহনসি, মঙোন্দগী পাউতাক তাসি। ’ ঐ থুজিল্লম্মী, ‘ ফরে, শকুন্তলা, ঐ খরা চিল্লি, কোন্না অমুক উনরসি। ’

ঐ মনুংদা অমুক চঙদুনা অনাবা য়েংবা হৌরে।

মথং নোংমাইজিং নুমিৎতা শকুন্তলা ঐগী লৈফম থিরকখি। নুমিৎতুসু মহাক নহানগী নুপীমচাদুগা লাকমিন্নে।

শকুন্তলা মখূৎ লোন্নদুনা চঙলকই, ‘ ডাক্তর, ঐ লাকচরি।’

ঐনা ওক্লম্মী, ‘ চঙবীরকউ। শোয়দনা লাক্কদ্রা হায়না ঐসু খল্লন্নিবনি।’

‘ নুমিৎসি ঝানা ঙাইজরকপনি, ডাক্তর। ’

ঐখোয় কাদা ফমদুনা ঝারী শান্নে।

ঐনা হংঙি চিথেক, ‘ নুপাগী মিং করি কৌবগে?’

‘ গম্ভীর কৌই, ডাক্তর।’

মিংসি ঐ মহাক্কী ও.পি.দি. টিকেত্তা উখ্রবনি।

‘ মহাক্তি করি থবক তৌবগে? ’

‘ ইঞ্জিনিয়রনি, আই.ই.এস তা চঙবনি। ’

‘ পোষ্টিং মফমদি? ’

‘ হান্না হায়দ্রাবাদতা লৈরম্মী। হৌজিক দিল্লীসিদা লাকখ্রে। ইকুই কুইদনা অমেরিকাদা চহী অমগী কোর্সকীদমক চৎকদৌরি। সরকারনা থাবনি। ’

‘ গম্ভীরগী মপাগী মিংদি করি কৌবগে? ’

‘ নন্দলাল , বি.দি.ও. ওইরম্বনি। ’ শকুন্তলাগী শকফম খজিক্তং ওল্লি, চীনবান অমসুং মিৎ পূন্না নোকই, অদুগা তপ্না হংলকখি, ‘ ডাক্তরবু মণিপুরগী কোমলাথাবীদগী ওইবীরব্রা? অশেংবা মিংনা, অনিসা... ? ’

‘ অহোয়! ” ঐ শ্বাই পাখৎখ্রে, ‘ করম্না খঙবীবগে? ’

‘ ঐখোয় তামোনা তোয়না পনবদগী মিংসি ঐগসু য়াম্না নক্লখ্রে। ’

খঙহৌদনা ঐগী স্বর ফুনখি। মীৎ অনীসু পিনা কুপশিল্লকখি। শকুন্তলা রুমালনা মপি তৈথোক্লম্মী।

ঐ মখা ঝানা তাই, ‘ অদুদি নহাক্না ঐগী পুন্সিগী হৌখিবা ঝারী ফজনা খঙলে। ঙসি ঐগী য়াম্না নুংঙাইজবা নুমিৎনি। অমুক্তং হৌগৎপীয়ু মনুংগী কাসোমদা চঙসি। ’

‘ লাকমিন্নবী লৈশাবীদু ঐখোয় অনীদা ঙক্তক অদুম য়েংদুনা ফন্নি। ঐনা শকুন্তলাবু তৃস্ফম কাদা পুশিন্দুনা অচৌবা ফক্লাং মিংশেল অমগী মাঙদা লেপমিন্নরম্মী। শকুন্তলা মহাক্কী লায়েংবগী থবক অমনি লৌবনা ওইরমগনি ইচম চম্না মিংশেন্দা য়েংঙি। ’

‘ করিনো য়েংবীগদৌরিবা? ’ মহাক ঐঙোন্দা ওনশিল্লকখি।

ঐ নোক্লবসু মীৎকী পিদি তৈথোক্লম্মী অদুগা হায়খি, ‘ য়েংঙু মিংশেলসিদা , ঐখোয় অনী কনানা ফজবগে ? ’

‘ঐদি ডাক্তরগী তঙ্খায় ফংজবা নত্তে।’ মহাক্কী খোঞ্জেন্দু ওন্থোক্লা থোৎ-নৌখ্রে, চম্না অদুম খুম্মী, ‘ ডাক্তরনা ঐঙোন্দা ৱারৌবীরমগদবা ময়ামদু খল্লুরগা ঐ য়াম্না ইকাইজে। চহীদসু ৱাখন্দসু নহাক ঐগী ইচেনি। ’

‘ ৱাফমদু মল্লে, আ তান্না হুন্দোকখ্রো। নহাক্কুবী থোইদোক হেন্দোকপী অমা লুহোংদুনা গম্ভীরনা হরাওনা য়ূম্লীংবদা ঐগী অপেনবা য়াম্না লৈ। ঐখোয় অনী মিংশেন্দা পূন্না অমুক্তং লেপমিন্ননীংবগী মরম, ঐনা খনবদা ঐখোয় অনীসি শকফমতা নত্তনা শাবানসু মান্নরমগদবা মাল্লি , অদুগী মথক্তা ৱ াখলসু। ’

ফাগি অমগীদমক শকুন্তলা মোমোন তৌই, ‘ইস! অদুদি নোংমা ঐ শাবীরগা মুনবীগদৌরিব্রা? ’

ঐখোয় অনী নোক্নুনা ফমুংদা ফল্লে, মহাক্কী হকচাংগী মরমদা খন্নরম্মী। মহাক অখাকপা লৈতনা ঐঙোন্দা তম্মী। ঐনা মহাকপু ঐখোয়গী প্রোফেসর অমগী য়ূমদা পুনবা শেম শারে। মহাক য়াম্না হরাউরম্মী।

মথং হাপ্তাদা প্রোফেসর উনরে। মহাক্কী অশোয়বা অমসুং নুংঙাইতবসিগী মতাংদা প্রোফেসরনা ঐঙোন্দা তাকই, ফিমেল ইনফর্টিলিটি থোকহল্লিবসি ওবরলেটরী ডাইস্প ফঙ্কসন, ট্যুবেল ফেক্তর অমদি অনইক্সপ্লেন্দ ইনফর্টিলিটিনচিংবা মরম য়াম্না লৈ । মাগীসি পেরিওতোনিলনি । উপায় ফংগদবা মান্দে। ডাক্তরগী য়ূমদগী থোরকপদা শকুন্তলাগী মায়থোং মকশিনখ্রে। মহাক অৱাবা উৎতনবা ফনা কন্না হোৎনরবসু মপি থিংবা ঙমখিদে। কায়নরমদাইদা মহাক্লা ঐবু মখোয়গী লৈফম লাজপটনগরদা অমুক্তং লাক্লবা হায়জরকখি। মদুদা ঐ য়াখিদে। অদুবু মহাক্তি ঐগী য়ূমদা তোয়না লাক্কনি হায়রক্লগা চৎখ্রে।

মতম অমদা গম্ভীরবু ঐগী লাইনীং ওইখিবনরা, মহাক্কী নুপীবুসু হায়ফম খণ্ডনা নুংশিখি। মতাং অসিদা ঐগী থম্মোয় নুংদা কল্লকপা অমত্তসু য়াওখিদে হায়বদি লানগনি। মিংশেন্দা উখিবা ঐখোয় অনীগী শকফমদু

কনানা হেন্না ফজে হায়বগী চাং তত্তনা ওল্লম্মী।

নোংমা নুমিদাংবাইরম অমদা শকুন্তলা লাক্কনি হায়না টেলিফোন তৌরকই। ঐ মঙোন্দা কনাগা লোয়নরক্কনি হংখি। মথন্তনি হায়রকপদা ঐ খরদি নে- তারে।

শকুন্তলা চঙলকপা মতমদা ঐ ফমফম কাদা য়ুমদগী থুংলবা চিঠি অমা পাদুনা লৈরম্মী। চিঠিগী বারোন্দুদা ঐ কপ্পুবা ঙন্নমদে। ঐ শকুন্তলাবু হরাউবা মায়থোং উৎতুনা ওকপা ঙমখিদ্রে। মহাক পুক্নীংগী বারোল পাবা হৈবীনি, ঐ মসি খঙখ্রে। ঐগী অব্রাবদু শরূক য়ানবা ব্রাহং কয়া হংলকখি। মসিদা ঐ তাক্তনা লৈবা ঙমগদ্রা ? ইমাগী ওপরেসন তৌহন্নবা পৈসা লৈতবদগী ইমুংগী মীশিংনা ব্রানরিবদু ঐ মঙোন্দা তমথোকখ্রে। ইপা অহীং নুংথিল খাক্তনা শেল পূফম থিরি। থবক ফংদ্রিবা ইবুং ইকাইবা নংলে। মদু উবদগী ইমাগী ফিভম হেন্না হেন্না ফৎলক্লবনি।

শকুন্তলানা ঐগী কোক্তা তপ্না নাল্লকখি। ঐনা য়েংখিবদা মহাক্কী মায়থোং ইরং লংঙি। অদুগা অচেৎপা ব্রা অমা হায়নীংবগুম মথক্কী চীনবান চিক্লি।

মহাক্না হায়রকখি, ‘ অহানবমক্তা, ঐগী ব্রাখন্দা, ডাক্তরনা ঐবু মরূপ্নি, ননাউমক্লি হায়না লৌবীখ্রে খঞ্জরি। ’

‘ ব্রাফমদু চুন্নবনি। নহাক্না ঐঙোন্দা থল্লিবা থাজবা অমসুং নুংশিবীবা অসিগীদমক তৌবীমল উৎপা ঙমজদবগী ব্রানি। ’

‘ অদুদি ডাক্তর, ঐনা অঙম্বা ইতেং খজিক্তং পাংজগে খল্লিবসি চিংনদনা লৌবীনবা হায়জরি। ’

‘ করিনো? ঐনা নোংমা লমন শিংদোকপা য়াবা ব্রাফম ওইরবদি করিগী লৌরোইদগে? ’

‘ লমন্দি শোয়দনা, য়াম্নসু থুনা থৌজগদৌরিবনি। ’

‘ অদুদি হায়বীরো , করম্বা তেঙবাংনো? ’

‘ ইমাগী ওপরেসনগীদমক চঙগদবা শেলফম পূম্নমক ঐ পুথোকচরগে। ’

‘ শেন্দোইগী চাং অমসুং শিংদোক্কদবা মতম তাকপীয়ু । ঐদি থবক ফংদ্রিবী মীশক্নি। ’

শকুন্তলা মায়থোং শীন থুংনা নোক্লকখি, ‘ শেল্লেপ শেন্দোইগী চাংদি নুংশিবীবা, শিংদোকপগী মতম্না থা অমগী মনুংদা।

‘ অদুক থুনদি...! ’ ঐ হূমাং কারকখি।

‘ শিংবীগদবসি শেল নত্তে, চানবীবনি হায়জখ্রে। ’

‘ নহাক্কী ব্রাসি ঐ ভাব তাবা ঙমদে, শকুন্তলা। ’

মদু হয়েং ঐনা শেল পুরকপা মতমদা শেংদোকচগে। ওপরেসন্দা পূন্না চঙগদবা শেলফমদু হায়বীয়ু।

‘ লাখ অমগা মখায়নি। ’

‘ মদুদগী হেল্লবসু ঐনা পুথোকচরগনি। ’

‘ লমনগী অশেংবা মরোল খঙহন্দনা শেল লৌহনবীগদৌরিব্রা? ’

‘ লমনগী ব্রাখল থাদোকপীরগা শেলদু লৌবীয়ু। ইমাগী ওপরেসন পাঙথোক্লবা পাউসু পীবীখ্রো। লমন শিংবা শিংদবা ডাক্তরনা লেপ্পীরো , ঐদি মখা অমুক থৌজরোই। ’ শকুন্তলা ব্রাফম হোৎলকই, ‘ অদুগা , ডাক্তর , পাউখুম অমত্তংগা পীবীয়ু। ’

ঐগী চিংনবা অমসুং চয়েৎনবা হেনগৎলকই, ‘ হায়য়ু। ’

‘ ডাক্তরনা থম্মোয় শেংনা গম্ভীরবু অয়ৌবী থাক্তা নুংশিখি, অদুগা হৌজিকসু নুংশিরি হায়বসি চুম্বা? ’

ঐ নোকথোকখ্রে। পাউখুমগীদমক ঙাইহাক খনবা চঙঙি।

‘ য়াম্না নুংশিরম্বনিনা তঙ্খায় অমা চুম্মী হায়বা তারে। অদুবু, মহাক্না ঐবু ইস্তোক্রিঙে মমাঙদা ঐনা মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনখ্রবনি। ’

‘ করিগী? অরানবা পাউবু অচুম্বা ওলহনবা অফবা ব্রায়েল নত্তে। ’

‘ মদুনা গম্ভীরগী ইজ্জৎ কনবদি ঙমখি, পুন্সি চুপ্পা মায়থোংদা তৈরগদবা অমুবা কালী অমা তৈথোকখি, থম্মোয়নুংদা পুগদবা লাইমন· অমা কোকহনখি। ’

‘ নোংমা, কংলাতোংবীদা মরূপশিংগা পাঙথোকখিবা পিকনিক

মফম অমদা, তুরেন্দা নূং কিলা শারম্বা নুপা অমা গম্ভীর উবদা চঙশিল্লকখি। মহাক ষনশেনবা ময়াং বিহারী অদুনি, গম্ভীরনা মশক খঙঙি। মহাক্না তৌখিবা অরানবা থবক অদুগীদমক দণ্ডি পীবীয়ু হায়না গম্ভীরগী মখোঙদা তুরে। য়ুগী নিশানা লমহেনবা থবক খরা তৌগ্রবসু নহাক্কী ইজ্জৎতা মহাক খূৎ থাখিদে, নহাক্তি দেবীনি, গাঙ্গাজলগুম শেংবীনি হায়না শোল্লি। ভোলানাথকী মিং পন্দুনা ৱাশকখি হায। গম্ভীবনা নুপা অদুগী মমাযদা খঙহৌদনা খূবাক্না থাখি। নুপা অদুনা মহাক্কী মমাঙমক্তা মখূৎ য়েৎতু নূংনা শুগায়জখি হায়। গম্ভীর থম্মোয় শোক্না ৱাখি। ঐখোয় অনী লুহোংলবা মতুংগী থৌদোক্লি, আ কাইনথংদা, মতম অদুদা নহাক মফম সিদা এম.বি.বি.এস. তম্বা চঙখ্রে, মহাক ঙাইহাক অনিসাদা মুন্না য়েংঙি, অকনবা চৈনা খাঙবগুম মায়থোং পূমঙাং ঙাংখ্রে, তপ্না মখা তারকই, ‘ফবে ডাক্তর, মসি মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বদুনি। ঐনা হাযজনীংলিবা ৱাফমদি, গম্ভীরবু কাউথোকপীগ্রবসু য়াম্না চাকচখিবা থম্মোয় অদুগী লমন অমদি কোকথোকপীফম থোকপ্রা খঞ্জে।’

‘হায়য়ু করিনা শিংগদবা লমন্নো?’

‘নুংশিবগী লমনদি নুংশিবনা, মঙোন্দা অঙাং অমত্তং খুদোন তম্বীয়ু?’

ঐ শ্বাই লাওই, করেম্নরকপগুম শাউনীংঙি, ‘শকুন্তলা! ঐ তাইবং মীনি! কনাগী অঙাং হূরাল্লুগনি?’

‘ডাক্তর তপথবীয়ু।’ শকুন্তলা ঐগী খোঙ পায়দুনা কপ্লকখি, ‘মসি ঐনা নিজরিবনি।’

‘ইস! মরম চাদনা ঐবু য়াম্না ঙকহল্লে। অদুগা ওইথোক্লোইদবা ৱাফম অমসু লৈ। মদুদি, ঐ গম্ভীরগা নত্তনা অতোপ্পা নুপা অমত্তগা লুহোংদবা ঙম্বগী থৌনা- পাঙ্গল পীবীয়ু হায়না চর্চতা কয়ারক হন্না প্রার্থনা তৌগ্রবনি। মরম অদুনা ঈশ্বরনা ঐবু কনফার্ম বেচিলর ওইয়ু হায়বসু তম্বীখ্রবনি লৌবে। ওইথোক্লোইদবা ৱাফম অমনা ঐবু ৱাহনগদৌরি, মসিমক্তি চুমদে।’

'ডাক্তরগী ৱাশক অদুবু ইকাই খুম্নজদুনা ঐনা লমন অসি থৌজগদৌরি।'

'শকুন্তলা! ময়েক শেংঙু। নুংশিনবগী মরী মাঙহন্নবা শীনবা ফত্তে।' নহাকপু শকখঙবা মীকুপ্তুগী ঐগী ইনাও অমা ঈশ্বরনা পীবীরে হায়না খনখ্রবনি। ঐগী ৱাশক থুগাইহনবা নত্তনা, ঐনা তৌবা ঙমগদবা থবক অমগীদমক্তা ওইরবদি নহাকপু শোয়দনা পেলহনগনি।'

'ডাক্তরগী ৱাশক ঙাকপীদুনা গম্ভীরগী অঙাং অমত্তং পোকপীয়ু।'

ঐ লৱাইগী শম য়ুংখি, থক থক নিক্লম্মী। ঐগী অশাউবা মীৎয়েং খাঙদুনা শকুন্তলা ঐগী খোঙ কোন্দুনা কপখি। ঐসু মফম খঙদনা কপখি।

ইন্দু, ঐ হোয়সু হায়দে মায়সু হায়দে, তুমিন ঐগী হিপফমদা তিংথোক্লম্মী। মঙ অসি মীকপ থোরকপা ঙাইরম্মী। শকুন্তলানা চৎলগে তাকলম্বদু ঐনা করি খুমখিবগে হায়বদু নীংশিংদ্রে।

ঐ খল্লি, অসুম খল্লি। কোক ঙাওবনা হাল্লি। ৱারেপ লৌবা ঙল্লমদে। ইমাগী ফিভম য়াম্না ফত্রে, য়ুমদা থোরকখো হায়বা টেলিগ্রাম অমসু লাকখ্রবনি।

নুমিৎ মঙানিগী তুংদা ঐ টেলিগ্রামগী পাউখুম থাখ্রে। ইমা য়াম্না থুনা পুরক্লো, ওপরেসন তৌনবা শেল লৈরে হায়খ্রবনি। নুমিৎতুগী নুমিদাং ৱাইরমদা ঐ শকুন্তলাদা টেলিফোন তৌরম্মী। মথং অয়ূক ঙন্তা ঐগী য়ুমদা লাক্লবা খঙহনখ্রে।

শকুন্তলাদগী ঐ লূপা লাখ অমা মখায় লৌরে। ইমাগী ওপরেসনগীদমক হৌনবী মতুং ইন্না হোস্পিতালদা থীগদবা পৈসা লৈগদবা পোৎলম পুম্নমক খোমজিল্লে। ইমা শোয়দনা থাখায় অমগী মতুংদা দিল্লী থুংলরগনি হায়বা পাউ পীরক্লে। ঐগী পুক্নীং নুংঙাইবা অমসুং অৱাবা অনীগী মরক্তা লৈরি। শকুন্তলানা তৌগদৌরিবসি করিনো? ৱাখলনা হন্না হন্না লাম্বা হোৎনৈ, ফংবা ঙমদে। হিন্দী ফিলমদা তৌনবগুম মহাক্না গম্ভীর ঐখোয় অনী চমথোক্লহল্লগা মহাক্কী সংসার অমা থিখ্রগে খল্লব্রা! মদুগা ঐনা সন্তাইনগদৌরিবসি ইমাগী পুন্সি কন্নবগীরা? ৱাহং অসিগী পাউখুম ঐনা

পীবদা সংসারগী মীনা য়ানীংগদ্রা? ঐবু ব্রাখল ময়ামসিনা চোকথহল্লে।

ইমাগী ওপরেসন তৌগদবা নুমিৎ তরানিখক্তং ঙাইশিল্লক্লে। মচা পোকচবগী মহৈ চারে হায়না ইপানা হরাউবদা ঐ কপখি। লূপা লাখ অমা ঐনা চহী মঙা চুপ্পা স্কোলারশীপ্তগী তুংশিনখিবনি, অতৈদি মরূপ- মপাংশিংনা থংবীরকপনি হায়বদা ইমুংগী মীশিংনা থাজখি।

নোংমা শকুন্তলানা ময়ূমগী এড্রেস তাক্তুনা ঐবু অমুক্তং কোয়থোরক্লবা কন্না হায়জরকখি। ঐগী হৈনীংদবা কোকহনবদা মহাক্না মখা তারকখিবা ব্রাফম অমদি গম্ভীর বেঙ্গলোরদা চৎখি, য়ূমদা লৈতে হায়বসিনি। ঐ চৎনবা থৌরাঙ তৌরে। লাক্লগে হায়খ্রে।

লাজপটনগরদা লৈরম্বা শকুন্তলাখোয় ভারাগী য়ূমদু য়াম্না নাল্লি। ফমুং অমমম থাবা কা অনী , ড্রোইং কম দাইনিংরুম, তোইলেৎ, পূম্নমক ফজবা মেরুন মচুগী তাইল ঙাক্তেনি। ঐনা চঙখিবদা শকুন্তলা মথন্তা লৈরম্মী। ঐখোয় অনী মায়োক্লনা সোফাদা ফমথবা মতমদা ফক্লাংগী মিংশেন্দা ঐখোয়গী মি উই।

‘ করি হায়নসিগে?’ ঐনা হৌদোকই।

‘ ইচেম শকপী ডাক্তর,’ শকুন্তলা থোৎলবা খোঞ্জেন্দা ঙাওঙি , গম্ভীর নখোয় অনীগী অঙাং অমা ঐনা নিজখ্রে।

ব্রাফম অসি হায়রক্তদৌরি খল্লকপনা ঐ ঙকখিদ্রে, ‘ মদু করম্না ওইথোক্কদগে হায়বা উপায় ঐগী ব্রাখলনা উবা ঙমদে। ’

‘ মদু তান্নজনীংবদগী ঐনা ডাক্তরবু কৌজবনি। থবক য়াম্না চিনবীবা মীশক্নি, ঐ শমপৎ ফোঙদোকচগে। ডাক্তর অহীং অমত্তং মফমসিদা ঐ ওইবীবা তারে। শকুন্তলা ইচংথৌনা হায়।

‘ এ! করম্না? ওইথোক্লোইদবা ব্রা ঙাক্তা। ’

‘ নুপীনা করম্না মীরোনবগে হায়বদু লাইবক থীবী ওইরুবনা ডাক্তরশিংনা তাকপীরকপা ময়াম অমা তাজখ্রে খঙজরে হায়বা তারে। মসিগী মতাংদদি ডাক্তরনা শরুক চান্মা হেন্না খঙবীরিবনি। অদুগুম্বা অখন্নবা অহীং অদুদা ডাক্তরনা ঐ শাবীবা তারবনি। ’

মহাক্কী ব্রা তাবা নত্তনা ঐ করি খুমগনি, য়ানীংদে হায়রুবগী মতম হেন্দোকখ্রে। অদুগা ঐগী থম্মোয়নুংদা চহী তরুক্কী মমাঙদা গম্ভীরনা ঐঙোন্দগী অশেংবা ব্রা তাবীখিদবগী হৌরকখিবা লাকচবগী অব্রাবা ঈথক ঈপোমদু নৌহৌনা পৃংফমদুদা অসুম য়ৈরখি। লাঞ্জদবী ঐবু মহাক্না তুকচ্চখি। মদুগী লমন্দা মাগী ওইহল্লগে হায়না শীংনরক্কে। অসিনি ইবুংঙো ইন্দু, নহাক্না খঙনীংবা ব্রাহংগী পাউখুমসি।---

অসিগী মখা তাবদা নুপী ঐখোয় অনীনা করি তৌখিবগে হায়বদু লীথোক্লবা থৌনা লৈত্রে, হৌসু হৌনদে। অদুবু শন্নপ্পা অমদি হায়গে, ঐখোয় অনীগী থৌরাং মহে য়ানখি, শকুন্তলাগী অপাম্বা ঈশ্বরনা উবীখি, ঐ লোম্না শকুন্তলাগীদমক মীরোনবা তাপ্রবনি। ”

ইন্দুনা থৎলকখি, “ মেদাম, হোস্পিতাল অদুদা থবক তৌরিবী, লুহোংদ্রিবী মীশক অমনা করম্না মীয়াম মাঙদা...? ”

“ চুম্মী, ব্রাফম অদুমদি ঐ শেংদোক্কে। ” অনিসানা হায়, “ ইমা মশা কনখ্রে। থা ফাদনা য়ূমদা হনখ্রে গম্ভীর অমেরিকা চৎখ্রে । মহাক চহী অমগী মতুংদনি হল্লক্কদবা। শকুন্তলা দিল্লীগী ভারা য়ূমদা লৈহৌরি। য়ূমদুগী মখা গ্রাউণ্ডফ্লোরদা য়ূম্মু, অহল ওইরবা, পুকচেল শেংলবা সিঙ্গী মতে মনাও লৈ। মখোয়দা গম্ভীরনা মহাক্কী নুপীবু শিন্নবদা থাজবা থম্মী। অদুগী মথক্তা মপুরোইবদা মশা মীরোল্লে হায়বগী নুংঙাইবা পাউ তাক্কুনা শাকুন্তলানা হরাউবা ফোঙদোকখ্রবনি। মণিপুরদা থোক্কুনা, অশাংবা জর্নী লৌদনবা, নুংঙাইনা পোৎথানবা ডাক্তরগী পাউতাক ইনবগা লোয়ননা নর্স অমসু মহাক্না লৈমিন্নবা শীল্লে হায়না তাকখিবনি। নর্স অদুনি ঐনা। ঐখোয় অনী অমত্তা ওইখি। মায় থাদোক্লখি। মহাক্কী শাওং- শাবান, ঐগী মওং য়েংলগা, মতম মতমগী ওইনা ঐনা শেমখি। মপুরোইবনা তোয়না পাউহংলকখি। পাউখুম পীখিবা মতুং খুদিংমক্তা মহাক ঐবু কোন্দুনা কপ্লম্মী।

থা মাপলগী মতুংদা ঐখোয় অনীনা হোস্পিতালদা নুপীমচা অমা পোকখি। মদু শকুন্তলাগী মচানুপী বালানি। ঐগী খোল্লাং মরীক অমা পীথক্তনা অঙাংদু ঐনা শকুন্তলাদা শিন্নখি। তৌবতবু ঐনা মমাদুদা ব্রাফম

অমদি চেৎনা থমখি— মরক মরক্তা মচাদু ঐগা উনবদি য়াহনবীগদবনি।

অঙাং অদু মমাদা শিন্নখ্রবা মতুংদগী ঐনা ঙসি ফাওবা অহুল্লক উখ্রে। অহানবদা, মানা থা অহুম শুরকপা মতম, গম্ভীরনা লোক্তাক্তা পোষ্টিং হোংদুনা মণিপুর থোক্লমদাইদা। অনীশুবনা, অঙাং অদুনা চহী অহুম শুরকপা মতম, ঐনা ডুবাই চৎলমদাইদা। অকোনবনা, বালানা ইলিবেন ক্লাস তন্নকপা, লৈশাবী ফারক্লবা মতমদনি। হৌজিক্তি মহাক থাজ-য়োঞ্জবা মতম য়ৌরক্লে , ঐ মহাকপু উনীংবনা লৈঙমদ্রবনি।

মরকসিদা, মতম খরগী মমাঙদা, ঐনা মীরৈবাক্তগী মতম চুপ্পগী ওইনা মণিপুরদা হল্লক্লবা মতুংদা, নোংমা শকুন্তলাগা উনৈ। ঐ কোক্তা বজ্র তাখি। মহাক মচা কায়না মৈচাক্লা অঙাওবীগা পাংখক ওইরম্লে। হৌজিক কপ্পনা মথৌদাং ওইরবীনি, মচা লৈশাবীগী ৱারী হিক্ল হিক্লা লীরকখি।

ইবুংঙো ইন্দু, হৌজিক্তি অঙাং অদুনা থাংজিল্লুরিবা খোঙফমদগী হন্দোকপা লুরগনি। শকুন্তলা ঐখোয় অনীনা তাঙনা ফংজবা অঙাং মীয়ামগীদমক বলিদান তৌনবা তাখ্রে। মহাক্কী মপোকসি, সাধারন মীয়ামগী ৱাহৈদা হায়রগা, শীঙেল অরেম্বা লৈরাং অতিংঙা তারবনি। মদু ঐখোয়গী লাইবক্তা তমখ্রবনি। অদবু, নহাক্লা শকুন্তলাগীদমক খনবীরগা, গম্ভীরগী শাগৈগীদমক য়েংবীরগা বালাবু ফিভম অমদা অফবা নুপা অমগা লুহোংনবা শিনবীয়ু। মহাক্লা মমা শকুন্তলাগী লমন শিংবা ঙমদ্রবসু, মচাদুনা শিংহল্লু। অহল ওইরবী মবোক্কী মখোঙ পায়দুনা সেবা তৌহল্লু। ৱাফমসি পাখং, ঐনা নঙোন্দা নখোঙ পায়দুনা হায়জরিবনি। নহাক্তি ৱাখল য়াম্না লৈবা মীনি হায়না খল্লি। ঐগী ৱা শোয়দনা তাবীগনি, অদুগা থবক ওইনসু পাঙথোক্কনি হায়বা ৱাশক অমত্তং থম্বীরম্মু। ”

ৱারীদা মুল্লুরবা ইন্দু থৌদাং অমা শিন্নরকপগী পোৎলুম্বু নুংঙাইরবা চাংয়েং অমদা ওম্থোক্লে খন্দুনা অনিসাদা থাজবা পীরকই।

“ মেদাম , ঐ শোয়দনা বালাবু য়ুম পানবা য়ানবা শীঞ্জগনি। অদুগা মমল য়াল্লবা দান অদুসু কৎহনগনি। মদু খুৎলাই পায়দুনা থৱায় য়োল্লিবা ঐগী ৱাশক্লি। ” ইন্দু ঙাইহাক খল্লগা মখা তাই , “ মতাং অসিদা মেদামদগী

খঙজনীংবা অমদি লৈরে — বালাবু ইচানি হায়বগী শক্তাক খুদম অমত্তং হায়বীয়ু। ”

“ ও! ঐগী ইচাদো পোকপা মতমদা য়েৎথংবা নীংজোন্দা কোয়রপ কোয়বা অমুবা চা অমা পকপনি। মাবু ঐনা মমা শকুন্তলাদা শিন্নরমদাইদা ঐখোয় অছুমগী ফোটো অমা নমখি। মদুদা মাবু মমা অনীনা তঙ্খায় তঙ্খায় পমখিবনি। পুথোরক্কে য়েংঙু। ”

“ খঙজরে মেদাম। ঐনা অমুক্কসু হায়জরি, অরোনবা, তমথোকহৈদ্রবা বারী ঐঙোন্দা লীবীরে, মেদামগী নীংবা থুংনবা হোৎনজগনি। ”

অনিসা পেঞ্জবনা মোমোন নোকপদা পিগী ঈরাসু শিন্থরি। ইন্দু য়াম্না নোল্লুক্না মখুৎ অনী লোন্নে, অনিসাদা খুরুম্লম্লগা মপান থোকখ্রে।

# ৩২

বালাখোয় কাওবু তেঙ্খিখোংদগী অঙ্গোচীং লাম্থোরক্লে মাক্লুং তুরেল খোঙবান্দা তাবা শমসোক ফাওদুনা লিজীক, আন্দাং, খমিক অমসুং পুত্তা খুলশিংদা চৎলম্মী। য়ৌরুবা মফম খুদিংমক্তা বালানা শান্তনু নত্তগা দিলিপ কৌবা নুপা অমবু লালহৌলুপশিংদতা নত্তনা খুঞ্জাশিংদসু হংবা কাউখিদে। মদুগী কান্নবা অমদি হন্দক ফংলকই, তুমুগী নোংপোক্তা লৈবা ওন্দাও হায়বা খুল অদুদা দলাব কৌবা নুপা অমা লাক্লম্বগী পাউ তারকখি। নুপা অদুগী অতোপ্পা মমিং অমনা লাসো কৌই হায়। মহাক মচিনাদা পোক্লগা ফলমদা লৈরম্বা মৈতৈনি হায়নসু তম্লরকখি। খুল অদুদা নুপাদু মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাং অমা লৌবা লাক্লম্বনি। মহাক মণিপুরগী নিউ সোমতাল হায়বা খুলদগী ইথাপ থাপ্তুনা লৈবা ম্যানমারগী থেনয়েল হায়বা মফম অমদা ওরফান হোম অমা লিংখত্তুনা অঙাংশিংবু তাকপী তম্বীবগী থবক তৌবনি। নুপা অদুগী শক্তম, চহীগী মতাং, শাওং- শাবান থারকপদা শান্তনুগা মান্নবা য়াম্না লৈরে। মরম অদুনা বালা মফম অদুদা য়াম্না য়ৌনীংলবসু খোঙচৎ অদুদদি ঙমখিদ্রে। অনীশুবা বেজ কেম্পতা মহাক য়াম্না থুনা লাক্লবা পাউ লাকখ্রে। মহাক তাঞ্জা ঙাইবা তাখি, হৌজিক্তি মফমদুগা নকশিন্নরক্কদৌরে।

বালানা অনীশুবা কেম্প য়ৌরকপা মতমদা ইন্দুসু লৈরম্লে। মখোয় অনী উনবদা অৱাবা পূম্নমক মাঙখ্রে, মোমোন নোক্লরম্মী।

ইন্দুনা হায় , " নহাক রিপোর্ট পীরুরো, কোন্না অমুক উনসি। "

" সার , মফমসিদা লৈবা কয়া কুইরবগে ? কয়া কুইনা লৈবীখিনি ?

" মথং খোঙচৎ অমগীদমক ঐ নহাকপু ঙাইরিবনি। চৎলো, থবক হান্না লোইশিল্লুখো। "

বালা চৎখিবদু ইন্দুনা লেপ্তুনা য়েংহৌরি।

নুমিৎ য়ূংবা মতুংদা বালানা ইন্দুবু থিরকখি। মখোয় অনী চীংশু মখোঙ উরুমদা ফল্লম্মী। অহীংগী নোংনা চোৎলবা লৈমায়দা কুপ্লিবা অপাকপা উনাশিং কোনশিল্লুবদগী ফন্দোরক্লে। হৌজিক্তা কংবা হৌরক্লি। কেম্পতা মী খরা চৎথোক- চৎশিন তৌবা উবদা উচেক শলংকাকশিংনা লাক- লাক্কুনা খোংলি। মখোয়সি মফম অদুগী সন্ত্রীনি।

বালানা হায়, " সার, শোয়দনা নুংঙাইবা পাউ লোয়নরকপা মাল্লিবো। "

ইন্দুগী মায়থোং হরাউবনা পিক থল্লি খুল্লকখি, " ঐগীসিদি নুংঙাইবদগী ঙকপনা খর হেল্লে। অদুগা, নহাক্কীদি তম্বদা মতীক চাবা য়াওরমগনি। "

" সারনা হানবীয়ু। "

মখোয় অনী য়েংনরগা অমুক্তং নোকমিন্নে। য়াম্না তাঙনা ফংজবা পুক্নীংগী ঈহৈলনি।

ইন্দু পাউ তম্বা হৌরক্লে, " ঐ ইম্ফালদা মতম খরা লৈরম্মী। নখোয় য়ূমগী থোঙ্গাল ফাওবা অনীরক য়ৌরুরবনি। নুংশিরবী পলেমদু অমুক্তং উজনীংখি। অহানবা নুমিৎতি উরক্তে, য়ূমদা চঙদুনা ইমাগা শকখঙনবসু পামখিদে। অনীরকশুবদদি ফজনা উরক্লে, ইমাগী মশক্তু মফম কদায়দা লৈরল্লবসু খঙলগনি, য়াম্না চীং-লেমজৈ। অদুগা বালা, নহাক্তি য়াম্না ইনাক খুনবা ইমুংগী অঙাংনি। নখোয়গী য়ূমদু কোনুংগা পাংখক ওই। মমা- মপাগী মীৎকী মণি ওইবী, অমত্তা পোকচবী নঙনা ঐখোয়গী ঈরক্তা তিল্লকপসি খল্লুবদা ঐ ব্রাদবা ঙমদে। মতাং অসিদগী ঐ অদুম ঙকপা হৌরে। পুক্নীংগী পান্দম অমসুং ব্রাখল ফিরেপ মান্নবনা ঐখোয় পূল্লরিবনি, অদুম

ওইনমক, মীওইবা ঐখোয়সি লন্নাই ৱাখল অমমমসু লৈনে, হায়দোক্লদবগী ৱানি। ”

“ চুম্মী, সার, ঐনা মীয়ামগীদমক পুম্নসি কৎথোক্লগে হায়না খল্লকপা মীকুপ্তা লন্নাই ৱাখল অমনসু কন্না ইনশিল্লকখি। মদুমক ইশাগী পান্দম তানবা মীৎয়েং অমনি হায়দবা য়ারোই। ”

“ নহাক্কী লন্নাই পান্দমদি করিনো? ফংলব্রা? ”

“ সারগী পাউ লোইশিনবীখো, ঙসিদি ঐগী ৱারী খরা শাংগদৌরি। ”

ইন্দুনা বালাগী মায়থোংদা ইরিবা অচেৎপা ৱারোল মুন্না পারম্মী।

“ ঐগীদি অঙকপা খরা লৈ হায়খিবদুনি, মদুসু নহাক্কী মরমদনি। ”

“ তামোনা তশ্বীগদৌরিবা পাউগী মনুংদা ৱা খরদি লোত্তুনা থমগদৌরি খল্লুরগা ঐ খুদকসিদা হেন্না হেন্না খঙনীংলকখ্রে। ঐখোয়গী ইমুংদা, শম্না হায়বগা, ঐগী ইমা করি তৌরবগে, মীনা লাকচখ্রব্রা? ”

“ মেদাম, পাখৎখিনু। ”

“ সোরি, সার। ”

বালা থাদোকপা ঙমদবা মিংগৌ অসিগীদমক ইকাইবা তত্তনা নংখ্রে। ইন্দুনা মখা তারকপা ঙাইরি।

“ কৈসু তৌদে, বালা। ইমাদু হকচাং ফনা লৈরি। মীনা করিগী লাকচনবা মরম লৈ। ঐখোয়নবু হৌজিক নুংঙাইতবা পাউ তম্নবদা করি চিংনবা থম্নরিবগে? ইমাদু নংবু নোংমা উনখিনি হায়বা আশাদা হিংলিবনি। ”

খঙহৌদনা চেন্থরকখিবা মিৎলুগী ঈহৌদা বালা ইন্দুগী মশক ফজনা উদে। মখাদি তারকখি, “ খঙবী উবীরকপা খরসিনা তামোবু, সোরি, সারবু ঙকহনবদি ঙম্লোই। ”

“ করিগী ঙম্লোইদগে? মখোয়গী মপান মখৈ নাইদ্রবা নুংশিববু নহাক্লা পৎ হেক থদৎপা ঙম্বগী অঙকপসি মচাদি নত্তে। ”

“ ইমাবু নুংশিমনবনা ঐনা অন্দরগ্রাউণ্ড ওইরিবনি। ”

ইন্দু ঙক্তক নোকই।

“ নহাক্কী ৱাঙাঙ খুদিংমক পাউখোং মাল্লি। ”

" অসুম্না সারবু খঙহন্নবা হোৎনজবনা ঐগী ব্রারীগী মপূংনি। "

" ফরে, অদুদি, ঐ অতোপ্পা পাউ অমগা হায়খিগে। মখোয়না নহাক লুহোংদবা য়াদে হায়রকই। "

" মখোয় হায়বদি কনা কনানো? " বালাগীদু লৌশিং তান্নবা মিৎয়েংনি, " ওইনীংবা ওইরসনু, পাউদু ঐ থাজে। মরমদি য়াম্না হেন্না নোংদম নাইদবা পুন্সিসি ঐখোয়গী ওইরি। ঈগী মরী অমা মুথৎলম্বা ফরোই হায়বা মখোয় খল্লমগনি। ব্লাখল অসিমসু ঐনা পার্টি য়াওরকপগা মরী লৈনৈ।

পার্টি য়াওদনা যূম- কৈ পান্দুনা নুংঙাইনা ইমুং অমগী মবেন্মা ওইদুনা লৈরম্বা য়াদব্রা হায়না হংনীংবদি লৈরবনি, অদুবু ইন্দু, নোকফেৎতমক তৌই।

ইন্দুনা তকশিল্লি, " ফরে, নহাক্কী ব্রাবী চৎথরো। "

বালা অব্রাংবা চীংজাউ লান্না অমুক্তং য়েংলুরগা হায়, " ঐখোয় মমাঙদা দিলিপ কৌবা নুপা অমগী মরমদা ব্রাবী কয়া শান্নখ্রে। নুপা অদুগী মমিং অশেংবা শান্তনু কৌবনি । মহাক্কী মরী- মখোঙ লীবগী থবকসি ঐ কাউবা লৈতে, পুন্সিগী থৌদাংনি। "

" থবক্তু ঐখক্তগীনি খল্লুই, করম্না নহাকসু য়াওশিল্লক্লিবনো? ঐ মহাকপু অসুক্কী মতিক কন্না থিরি হায়বা নহাক খঙদে। "

" থাগৎচরি, সারগী পাউখোং ব্রাহৈশিংসিনা ঐবু য়াম্না নুংঙাইহল্লি, ওম্বোক্লা হরাউজরে। অদু সার, শান্তনুদু কবো তম্পাকসিগী মনুংদা হৌজিক হৌজিক লৈরম্বা য়াবগী পাউ অমা হন্দক তাজরকই। "

" করম্বা পার্টিদনো মহাক্লা য়াওরিবা? " ইন্দু ফিংলপ হংঙি।

" মহাক মীচম ওইনা লৈ। য়ৈখাই- থিনগাই অমত্তা লৈতনা, নুপী- নহা য়াওদনা, লম্বোইবগী শাজত্তা ম্যানমারগী মী ওইনা, মীয়াম্না য়ানা থবক তৌরি। তৌবমক্তি, ঐনা ফংলিবা পাউগী লীখুনসি ময়েক শেংবদি ওইদ্রি। "

" থাজনিঙাই ওইব্রা হায়বদু য়েংসি, মখা তম্মু, বালা। "

" কবোশিংনা লাসো কৌবা, দলাব হায়রগসু খঙনবা নুপা অমা থেনয়েল খুলগা লোন্নবা মফম অমদা আশ্রম অমা লিংখৎতুনা থবক তৌরি। মহাক্কী চহী মতাং অমসুং শকফম থারকপদা শান্তনু চপ চানা তাই।

" হে ঈশ্বর! ইয়াম্বদু ওইরম্লবদিকো! " ইন্দুনা লাউরকই।

" ঙাইবীখো, সারনা মহাকপু অদুক কন্না থিবীবগী মরম করিগীনো? ঙসিদি ঐঙোন্দা তাকপীদবা য়াদ্রে। "

" ইয়াম্বা শক্লা নুংশিজরবা নুপাদুবু ঐনা থিখি, ঙসিদি ব্রাশক অমনা অমুক কনশিলহল্লে। "

" করম্বা ব্রাশক? "

" বালা, ঐগী থম্মোয় নুংগী লন্নাই ব্রাবু নারত্তগী শা তাম্ভোকপগুম পূংজাউ কন্না থীনবসু ফত্তে। "

" সার, ঐবু ঙাকপীয়ু। ঐ হংজররোই, মখা তাজরগে। "

" অদুনি, শাউনবদি য়াদে। "

বালা নোক্লম্মী।

" নুপা অদুনা লৈরিবা খুলদা ঐ অমুক্তং চত্তুনা য়েংনীংঙি। অশেংবা অমত্তং য়াম্না থুনা খঙনীংঙি। "

" মদু ঐগীসু অপাম্বনি। "

" অদুদি সার , খোঙচৎ অমদা ঐবুসু পুবীয়ু। "

" মদু খন্থবা চঙদ্রবা ইথৌনি। অদুগা, বালা, ঐগা নহাক্কা লোয়নবা খোঙচৎ অসিদা ঐনা হায়জবা অমদি নহাক শোয়দনা য়াবীগনি। "

" করি ব্রাফম্লো, সার। "

" করিগুম্বা নুপা অদুনা শান্তনু ওইরম্লবদি, মহাকপু য়ূম পালহন্নবা থেম্বদা নহাক অচৌবা থৌদাং লৌবীগদবনি। "

" ও! সার! মদুসু ঐগী থবক্নি, সারদগী হেন্না তৌফম থোক্লবা। "

" ঐ পেল্লে, বালা। ঐনা হায়জগদৌরিবা ব্রাফমসি নহাক্লা য়াবীরগনি খল্লুবদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইজে। "

" মখা করিনো হায়বীগদৌরিবা? "

ইন্দুগী থৌনা খর হনখ্রে, শোন্তক হায়, " নহাকসু লুহোংলসি। "

বালা খংপ্রেক খংঙি, নীংথীরবী মিৎন্না অনী শরুক অনীদা লাওথোরকখি, " করি ফাগিনো! সার? "

" মসি ফাগিনি খনবীগনু। খূৎ লোন্নদুনা হায়জরি। করিগুম্বা শান্তনু ফংলবদি, মহাকপু নহাক্কী বর ওইহনবীয়ু। "

" হায়হৈদবা ৱানি! সার। "

" করিগী? মরম অদুগীদমক নত্তব্রা নহাক্লা শান্তনুবু থিরিবা? "

" সারগীসি ঐঙোন্দা করেম্নবনি হায়না লৌজে। " বালা অশাউবা উৎনীংদবনা মমায় লৈথোক্লম্মী।

" ঐ হংচিৎ, নুপা অদুগী লৈফমগা নক্লবা লম লান্দুনা অহুমশুবা কেম্পতা চৎলগনি। "

" ঐ য়াওজররোই, সার। অদুবু, ঐসু নুপাদুগা য়াম্না থুনা উননবা হোৎনগনি। " বালা হৌগৎনীংলবগুম লৈদুনা য়েংলকখি। " ফরে, নুংঙাইজরে সার, চঙজখ্রগে। "

" বালা, নহাক্কী থবক খুদিংমক্তা তেঙবাংনবা ঐ মতম চুপ্পা থৌরাং তৌদুনা লৈরি হায়বসি কাউগনু। "

" থাগৎচরি, সার। "

বালা চৎখ্রে। ইন্দুনা খলহৌই – মহাক্কী পুক্লীংগী অরোনবা ৱাবু ঐনা খংহায় হায়দোক্লবসি লাল্লিবনি। মহাক ইকাইফম থোকই, নুপীমচানি। মদুগী মথক্তা পার্টিগী চৎনরোন থুগাইহবগী অকিবসু লৈফম থোকই। মহাকপু ফজনা, ঈংনা- তপ্না থেমদবদি য়াদ্রবনি।

ইন্দুনা লুচিংবা মী তরেৎকী কাঙবু অমা কবো তম্পাক্কী উমংদা, লোক, তুরেল কয়া লান্দুনা মখোয়গী অহুমশুবা কেম্প তম্না লাকখি। চেকশিনবা খোঙচৎসিদা মখোয় চাংপোল নক্লা, বোর্দর পিল্লর ৭০, ৬৯ অমসুং ৬৮ লাল্লক্লে। পোৎথাদনা লাকখিবা লম্বীদা আই এফ পেট্রোলিং কাঙবু অমগা থেংনখি। হান্নদগী ফিভম চানা লৈরম্লবা ইন্দুখোয়না য়েক্লবশিংদা খূৎ থাখিদে। মরমদি, ইন্দুনা খনখিবা লৈ— হন্দক্কী খোঙচৎসি

তাঙলবা পুক্লীংগী শান্তি থিবনি। অদুগা বোকান খুল য়ৌরমদাই, ম্যানমারগী লৌবুক অমা লাম্থোক্লবা হোৎনরিঙৈদা মখোয়দা ম্যানমারীজ সি.ক্যু.রিটি ফোর্সনা তৌরকপা এতেক্তসু খূৎ হন্দনা নাম্থোক্লবতা হোৎনখি। ইন্দুগী হৈ-শিংলবা লানঙমশিং মায় পাকখি। শুপ্লখক্তগী মরু তরানা ইরাই লাইনা য়েক্লবগী মরু চামা চামগী পাউখুম পীদুনা মখোয় অশোয়- অঙাম য়াওদনা পম্থুংফল্লোমদা চঙশিনবা ঙমখি।

নুমিৎ তরুক্লিগী তুংদা ইন্দুখোয় পম্থুং য়ৌরে। মফম অদুদা পার্টিগী মীশিং ব্রাখল- পুক্লীং চাউনা লৈরম্বা উবদা ইন্দু য়াম্না নুংঙাইজখি। কেম্প অদু ঙাক-শেনবগী, চাউথোকহনবগী অমসুং নৌনা চঙলকপশিংবু ট্রেনীং পীবগী থৌরাঙ লৌখৎপদা নুমিৎ মঙানি তেঙবাংলল্লগা ইন্দু মরুপ অনীগা লোয়ননা শান্তনুগী খোঙ্গুন লীবা চৎলম্মী। খোঙচৎ অসিদা মখোয় অহুম্মক নোংমৈ অতেনবা অমমম লোয়নখি।

ম্যানমার সরকারনা নীংথিনা শেমগৎলিবা চীংশু উমংদা মতম কুইনা অমম্বা অহীংদা চৎলবা তুংদা, অপিক অপিকপা লোক- তুরেল অমসুং শীংমুৎ য়াঙ্গেন্না কুপশিল্লবা অনুবা কয়া লান্দুনা মখোয় পম্থুং নকশিন্নবা কন্না হোৎনরম্মী। চাওরাক্লা পূং কুম্থ্রানিপাল্লোম লাক্লবা তুংদা মখোয় থেনয়েল নকশিল্লকক্লে। মফম চাবা য়েংদুনা, অপিকপা তুরেল অমগী তোর্ব্বান নক্লা, নারক উরুম অমদা মখোয় অহুম পোৎথারম্মী। অতোংবা মফম অমদগী য়েংথখিবদা লৈতেম মান্নবা অহাঙবা মফম অমদা অচৌবা শঙশাং অমগা অপিকপা অনীগা খুলদগী খরা লাপথোক্লা লৈবা উই। শঙ অহুম্মক ইনা কুপ্পনি। য়ূম লম্তক- লম্তক তাবা থেনয়েল অপিকপা খুলনি, শেমগৎপসু কুইদ্রিবা মাল্লি।

পূংখায় ফারক্লে মখোয় অসুম পোৎথারকপা। মী ব্রা ঙাঙনবগী খোঞ্জেল তাবদা মখোয় লেঙনদে, তুমিন মায়কৈ খঙনবা হোৎনরম্মী। ব্রাং- চাউবা, লৈঙাং মচুগী লূংগী শেৎপা, মরু কোকপা নুপা অমগা অঙাং মঙাগা তুরেল ব্রাংমগী হিদেন্দা কূমথরকখি। অঙাং অমদি পিক্লি, চহী অনীদগী য়াম্না হেনখিরোই, মাবু মখূৎ পায়দুনা শন্নক্লি। নুপা মচাশিং অদুগী

মরক্তা পুংকক চাউরবা চহী তরামাথোইরোম শুরবা অমা য়াওরি। অহুমদি চাউবা মান্নে , চহী তরাগী মখা ঙাক্তনি।

অঙাংমচাদু অনানবা নুংপাক অমগী মথক্তা ফমহনখ্রে। ইহা হাদবা নুপাদুনা খরা চাউরবা অঙাংশিং অদুবুদি তুরেলগী ঈরেন্দা পুথদুনা ঈরুপ্পা ঈরোইবা তম্বীরম্মী। মদু মখোয়গী ঈরুজবগী শরুক অমনি। মখোয়বু য়েংলগা পিক্লিবা নুপামচাদু নোক্লম্মী।

খরা চাউবা অঙাংশিং ঈরুজবা লোইরবা মতুংদা কাহনখ্রে। অরাংবা নুপা অদুনা অপিকপা অঙাং অদুবু য়াম্না নুংশিনা ঈরুজবিরি। অঙাংদু হরাওবনা ঈশিংদা শান্নে। ঈরুবীবা লোইখ্রে। শৃগদবা ফি খরা নুংপাক্কী মথক্তা থল্লল্লগা অঙাং পমদুনা নুপাদু চৎখ্রে। মহাক য়াম্না থুনা মফম অদুদা অমুক হল্লক্কদবা মাল্লি, মহাক্কী ফি লৈহৌরি , লূংগীসু তঙ্খায়তনি চোৎখ্রিবা।

মতমদু অয়ুক্লি। অঙ্গো চীংশাংগী মখা থংবা, লোইরোই নেমথরকপা মপা অমদগী নুমিৎনা লম অহুল্লোম হাইগৎলকখ্রে। অহীং চুপ্পা লাকখিবা মখোয় অহুম মীৎ- মায় তুরেন্দা কূমদুনা তাথোক্লীংলে। ইন্দুনা ঙাইহাক য়েংখিসি হায়বদগী মখোয় লেঙদনা লৈরিবনি। লূংগী শেৎপা নুপা , চুম্মী মখোয়না খনখিবা, প্রপ প্রপ কূমথরকখি। মহাক নুংথক্কী ফি মথং মথং শূররে।

ইন্দুখোয়না য়েংলিবসি অথাপ্পদগীনি। শাওং- শাবান নত্তনা নুপাদুগী শকফম খঙবদি লুনা থোক্লি। মরম অদুনা ইন্দু মরূপ অনীবু লেঙদনা লৈহল্লগা মশাদি খরা খরা নকশিন্নবা হোৎনরম্মী।

নুপা অদুনা ঈরুজবা লোইদুনা মফি হোংলিঙৈ তাঞ্জামক্তা ইন্দু নারক্তগী থোক্তুনা তোর্বান্দা মায়োক্লনা লেপ্পরে।

“ ইয়াম্বা! ঐগী নুংশিজববা ইয়াম্বা! ননাউনা কৌজরি। ” ইন্দু হরাউমনবনা লাউখিবনি, “ ইয়াম্বা অমুক্তং তাবীয়ু। ”

নুপাদু ইঙক ঙক্লা, মঙক থাঙ্গক্তুনা, খোঞ্জেল লাকফমদ' য়েংলকখি। অরাংবা ফিজোল শেৎপা, নুংশিৎ- নুংশানা চাথৎলবা ইন্দুগী মায়থোং য়েংলগা শক খঙবা ঙমদ্রবসু কৌরকখিবা মিংগৌ অদুনা মহাকপু

পুক্নীংদি চঙহল্লে। অদুগী মথক্তা লোল অদুনা মহাকপু নীংশিংনবসু হোৎনহল্লে।

" নহাকপু কনানো? " নুপাদুনা হংলকখি।

" ঐ ইন্দুনি, ননাউ ইন্দু। "

তুরেল খোঙনুং তম্না ইন্দু চেম্থরক্লে।

" ও! ইন্দু! ইনাও ইবুংঙো নুংশিবা! করিনো নঙনা তৌরক্লিবসি...? "

" ইয়াম্বা ঐ লানখ্রে, ইয়াম্বনা শেৎহন্নীংদরবা ফিজেৎ শেৎলে, পায়হন্নীংদবা খূৎলাই লোয়নবে। "

" নুংশিরবা ইনাও ইবুংঙো, লাও ইয়াম্বা কোনগে। "

নুপা অনীদু অমনা অমগী থম্মোয় মীহুল ফাওনা কোন্নরম্মী।

" ইয়াম্বা, তৌরম্লিবসি করি মতৌনো? "

ইন্দু কপ্লম্মী। শান্তনুসু কপখি মখোয় অনী থম্মোয়গী ঈথিল ফাথবদা মতম চঙখি।

" ঐ নঙোন্দগী করম্না লোৎকনি ...? " শান্তনু ইন্দুগী মকোক্তা নাল্লি।

ইন্দুনা হায়, " ইয়াম্বগী খোঙ্গুল লীজরকপনি। "

" নহাক ফিভমসিদা হিংলমগনি হায়বা ঐনা খনখ্রে। হৌজিক নথম্তা লাকপা ওইরম্লোই। নোংমা শোয়দনা নহাক্না ঐবু উনবা লাক্কনি হায়নসু খনখি। ৱানা ঙাইখিবনি। কয়াদা নুংঙাইরবা মীকুপ্লো, হে ঈশ্বর! হৌজিক ঐ অমুক লাক্লে, লৈরমখো। নহাক্কী ফিজেৎ অসিদা ঐগী লৈফমদা চঙলকপা কয়া নুংঙাইররোই। "

য়াম্না ৱানা থিজরকখিবা ময়াম্বা দিলিপ্পু ঙসি ইন্দুনা শান্তনু ওইনা ফংলে। মীকুপ খরগী তুংদা মখোয় অৱা- নুংঙাইগী ৱারী শান্নরগনি খল্লুবদা মহাক হায়নিঙাই লৈতনা নুংঙাইরম্মী। মহাক তোর্ব্বানগী অশেংবা নারক্তা কাখৎলম্মী।

শান্তনু থোরক্লে। মহাক তুরেল মপান্দুদা লৈ লৈদুনা য়েংলি।

ইন্দুনা তপ্না কৌরকপদু তায়, মহাক্না পান্নিবসু মীনা উরোইদবা মফমদুনি।

শান্তনুগী খোঙথাংদু ইন্দুনা নুংশিনা য়েংলম্মী। কল্লবা থম্মোয় অনী মহী চেন্নখ্রে। মীৎলুদগী পিরাং লেপ্তুনা শিন্থনৈ। শান্তনুনা ইন্দুগীদমক শোল্লি — পুন্সিদা নুংঙাইবা করিনো হায়বদু খঙদনা, মীয়ামদা মহাক্কী বুদ্ধিগী কান্নবা পীবা ঙমদনা, অরেম্বা তারগদ্রা । ইন্দুনসু শান্তনুগীদমক ৱাজে — অসুক মশক নাইরবা লাঙ্গদবা স্নাইন্টিস্ত অমনা উমংগী লমহাং- তুহাং অসিদা মীরোং ওইদুনা লেনগদৌরিব্রা? মখোয় অনী খোঞ্জেল থোক্তনা, হুল্লিবা মীহুন্না ৱাহং- পাউহংনদুনা ঙাইহাক লৈখি।

শান্তনু লৈমায়দা ফমথরকপগা হংলম্মী, " ঐগী লৈফমসি নঙোন্দা কনানা তাক্লকপগে? অদুগা হৌজিক লাক্লিবসিনা কদোমদগীনো? "

" লৈরাংগী নুংশিবা লৈনমদি খুঙ্গং লান্দে, তাইবং মীগী অফবা থবক্কী মনমদি সমুদ্র লাল্লি, চীংজাউনসু থত্তে। "

" ইনাও , ঐনা মীরোং ওইনবা পান্বে কয়া শিজিন্নখি। "

" মদুদা মায় পাক্লিবসি তামোগী হৈশিংবা ঙাক নত্তে, মীয়াম্না য়াবগীনি। মীরৈবাক্কী লম অমদা মীরোং ওইববু অরায়বা থবক্লি হায়গদ্রা? "

" তাঞ্জা হায়বসি য়াম্না লুবা মহৌশা অমসুং খুৎশেমগী ঈথিলনি। ঈশিংদা তাখিবা অচৌবা মৈবুলগা অকংবা ইরক্তা তাবা অপিকপা মৈরিক্কা খেন্নবা য়েংসি। পোৎথাফম খঙদ্রবা লান্দা খংলবা উচেক্কী পুন্সিমক্তি নত্ত্রে। লৈতানা হিংবা হায়বা ৱাফমসিমদি যুগসিদা করম্বা দেশকী মীশিংগা নকশিন্নহনসিগে, তাঙনা উরগনি। "

" তামোগী ৱাফমদু ভাব তাজরে। হৌজিক ঐ মরূপ অনীগা লোয়নজরকই, ফোংনা চঙজরকপা য়াগনি হায়বসু থাজদ্রে। ৱারীদি খরা শাংনা শাজনীংলি। "

" মদু ঐনা হায়খ্রে। অহীংচুপ্পা ৱারী শান্নখিসি, নহাক খুদক্তা চৎখিবা তৌগনু। ৱারৌবসু য়াদে। "

ইন্দু ৱাখল তৌরগা হায়, " ইয়াম্বগা অমুক উনগদবসি করম্বা মতম অমসুং মফমদনো, মদুমক্তং তাকপীরম্মু। "

" ঐগী যুমদা, ঙসি অহীং। অঙাংশিং তূমখ্রবা মতমদা লাকউ। হৌজিক নখোয়গী চান- থক্লবা পুম্নমক ঐনা মফমসিদা পুরক্কনি, নহাক লৌরো। নহাক্না ঐবু উনবা লাকপদা কৈদৌঙেদসু মী লোয়নরক্লোই হায়বা ঐ থাজে। "

" ইয়াম্বগী য়াথং ঙাক্লা চৎচগনি। "

" ফরে, ইন্দু, হৌজিক অঙাংশিংনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরল্লগনি। পুরক্লিবা খরসিনা অরাম্বা কোক্লবা হোৎনখিসি।"

শান্তনু ইন্দুদা চানবা ময়োম অমা শিন্নরল্লগা নারক্কগী থোরক্লে। ইন্দুসু চপ লেপ্তুনা শান্তনুনা চৎপা য়েংলম্বদগী মথক্লোমদা লাক্লম্মী। মরূপ অনীনা মহাকপু য়াম্না ৱানা ঙাইরল্লগনি হায়বা কাউবা লৈতে।

পূং অনীরেম চুপ্না মরূপ অনীনা মফম লেঙদনা লৈরম্বদা ইন্দু য়াম্না হরাওরম্মী। মহাক্না তুরেল তম্না মখোয় অনীবু পুরক্লে। চাউর- চাউরবা অঙাংবা, অঙৌবা, অরাংবা নুংশিংদা থেঙ্গাইদুনা চেল্লিবা অরূবা ঈশিং য়েংলগা হুমাংনা ফুৎলক্লবা মরূপ অনী মোমোন নোকচরম্মী। মখোয়গী খূৎলাইশিং ইন্দুনা শিন্নরল্লগা তুরেল কুমথখ্রে।

নুমিৎ ৱাংখৎলকখ্রে। অহাংবা অতিয়াদা মাগী অকনবা মতিক উৎলক্লে। ইন্দু মনা পূংবা হৈগ্রে পাম্বী অমগী উরুমদা লৈবা, নূংজাউ অমগী মরুমদা সম্রীগী থবক তৌরম্মী। ইন্দুগী মীৎয়েং নাক-য়েং, মথক- মখা, উরু- উরু লৈদুনা কূংনা হৌরিবা চীংশু খাঙ্গা ফাওদুনা চৎলম্মী।

মশা তেকখৎলবা মরুপ অনীদা সম্রীগী থবক অমসুং খূৎলাই শিন্নরল্লগা ইন্দু অরুবা ঈরেন্দা চোংথরে। ঙসিদি মহাক মপাম্থোংগী হকচাং শেংদোকচবতা নত্তনা থম্মোয়নুংদা মতম কয়া ওমচাক্লরম্বদু মুৎথৎপা ঙম্লে। চহী কয়া লেপ্তুনা থিরকখিবা থৱায় অমা ফংলবনি। মহাক্কী পুক্সিনা ৱানা তাল্লিবা পান্দম অমদি ফংবগী আশা নকশিল্লক্লে খন্না অৱাবা কয়া কাউরবা পূংফম্নি।

ইন্দুনা মরূপ অনীগা হৈগ্রে মখোঙ অদুমক্তা ফমদুনা শান্তনুনা পীরম্বা পোৎয়োম হাংদোক্লুনা চারম্মী। কবো চাকহাওগী তল, খজিং কাঙৌ,

য়েরুম অফুৎপা অমসুং বিস্কুইট হাঙলবা চাকখাউশিংগীদমক য়াম্না হাউনা থোকখ্রে। মরূপ অনীনা হংনীংলিবা ৱাহংগী পাউখুমদা ইন্দুনা শেংদোক্লবা হোৎনরম্মী। মফম অদুদা ৱাখল পুকচেল তিন্নবা ম্যানমারীজ নুপা অমা লৈ। মঙোন্দগী কান্নবা পাউ য়াম্না ফংঙি। মহাক শকখঙনদবশিংগদি উনবা খক পামদে। মতম তাঞ্জা চাদবনা ৱারী মপুং ফাহৌদ্রবনি। অহীংদা অমুক উনসি হায়নখ্রবনি। নুংথিল অমসুং অহীংগী চাক্লেন মহাক্লা পুরক্কনি। মদু ইন্দুনা মখোয় অনীগী উনফমদগী লৌরুগদবনি। মরম অদুনা মহাক্কী মরুপ অনী মফম অদুদা লেঙদনা লৈরমগদবনি।

তূম্নীংবনা মুল্লবা মরূপ অনী ইন্দুগী ৱাশিংদু লৌশিনবা ঙাইবা ৱারে। ঙাইহাক্কী তুংদা মখোয় অনী সংসার পূন্না কাউথ্রবগুম নূংদা মোন খাঙদুনা তূমখ্রে। ইন্দু সন্ত্রী ওইনা লেঙদনা ফল্লম্মী।

# ৩৩

নুমিদাংগী অথেঙবা শরূক ওইরক্লে। উবাক্লা ফক্লাং খাবা, ইনা কুপ্লা, তোখাই লৈবা চাকশঙদা, ফোং-ফোং শাবা শঙ্গোম থকমিন্নদুনা মোম্বত্তিগী মৈঙান্দা, মোরাদা মায়োক্লনা ফমদুনা লোন্না- থুপ্লা শান্তনু অমসুং ইন্দু ৱারী শান্নরম্মী। ৱাহংগী পাউখুম ওইনা মখোয় অনী অশাংবা ৱারী কয়া লীনরকখি। ইন্দুনা এ.কে. ৫৬ রাইফল অমা লোয়নদুনা বেহাংগী উমংদা, পার্টি অমদা চঙজদুনা মখোয়গী মেম্বর ওইরকখিবগী অমসুং বঙ্গলাদেশতা ট্রেনীং তৌরুরগা মেঘালয়দা থবক তৌরম্বগী ৱারীদু য়াম্না শাংখ্রে । থম্মোয় শোক্লসু লীখি। মথংদি শান্তনুগী পালি তারে।

– " সিফাই কেম্পকী অকনবা য়োৎলী তিংখংগী শম্বল লাম্থোক্তুনা ঐখোয় অনীনা চেল্লকখিবা অহীং অদুদা ঐ য়াম্না ৱাখি। শুকনা মম্লবা, লুরবা লোক্লুংদা ইঙাও ঙাওনা মায়কৈ খঙদনা চেল্লম্মী। নহাকপু থিবা খঙখিদ্রে। কৌবা য়াবা মতাংসু ওইরমদে। নহাক খুদোং থীবা থোক্লন্নগদ্রা হায়না খল্লুবা মীকুপ্তা খোঙ থাংবা থোকখিদে ঐ তত্তনা পি তৈথোক্লম্মী। য়াম্না ৱানা চীংলোন অমদি লাম্থোরক্লে, সিফাইশিং অমদি খুলগী মীশিংনা লাউ-খোংবা মীনিনখোল তাদ্রে। মখোয় শোয়দনা থিরমগনি খল্লুরগা চৎপদি লেপ্লমদে। অতিয়াগী থৱাম্মিচাকশিং য়েংদুনা ঐ নোংপোক মায়কৈরোমদা অহীং চুপ্লা হুমাংনা পুন্নুপ লুপ্লা চৎলম্মী ।

নোংঙাল্লে, চেক্লা কয়া খোংলক্লে । নুমিৎনা ৱাংখৎলকপা মতমদা

ঐ অশুকপা উমং অমদা অপিকপা লীখুন অমা ইল্লগা অদুম চৎলি। ঈশিং খৌরাংবনা মৈথক্তা ঙৌবগা মান্নরে , চৎপগী পাঙ্গল য়াম্না মাঙথ্রে। মতমদুদা ঐবু তাইবংদা হিংলি হায়না নীংশিংহনবসি নুংশিরবা চেক্লাশিংগী খোঞ্জেল মঙাইরে। ঈশিং ফংদ্রবদি ঐ হিংলরোই খল্লকখি। মরম অদুনা ঐ ঈশিং ফংগদবা মফম থিরম্মী। লাইবক ফবদগী লফু হৌবা চীংমায় অমা উরে। মফম অদুদা য়াম্না ৱানা কাখৎলগা মচীন তুম্বা চৈনা লফুশিংদা থিন থিন্দুনা মহী- মচুম খরা- খরা চুপ্লম্মী। অঙকপা চীংগী লমদম্নি , লুর- লুরবা লোক অনীদা মতম চঙনা কূমদুনা য়েংলুরে, নোংজু থাগী মতমসু ওইরি , ঈশিং লৈরক্ষম থোকপনি, অদুবু, নূংজাউ- নূংগাই মরক্তুদা খূৎ ফাওবা চোৎহনবা ঙমখিদে। ঐ চৎপা ঙমগনি থাজরক্রে । ফুরিৎখাউদা হাপ্লকপা পিস্তোল লোক্লুংদা লংথোক্লম্লে ।

পূং তরামাথোই তাবা মতমদা ঐ খা- ৱাং পাংবা অতিংবা লম্বী অমা ফংখি। লম্বীদু ইনসিরা নক্তগা হান্নগুম নারক্তা চৎসিরা খনবদা ঐ ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈরে। মী অমসুং খুল থিরি, থেংনগদবসু চিংনরে। চত্তবসু য়াদে। অসুম খল্লিঙৈদা ষন খোংবগী খোঞ্জেল তায়। খারোমদগী অঙাংবা অমসুং অঙৌবা মচুগী ষঞ্জাউ তরুক মরী- মরী লাক্লম্মী। নাকন্দা থাঙ য়ানবা, অচৌবা সিগার থকপা নুপা অহুম ইল্লক্লি। ঐ লৈশিনবা নংহৌদ্রে, মখোয়না উবনা হানখ্রবনি। ষনশিং অদু অকনবা শামু থৌরীনা পুনবা বোরাখাউ অনী অনী নঙ্গন্দগী নাক-য়েৎতা য়াম্বরগা মপোৎ লুম্না পুরি। মখোঙ ইথাং থাংনীংদে। শাংলবা মশম তুংলোমদা খোমগত্তুনা লংনা চেৎনা পুনবা নুপা অদুনা ঐবু কৌরকই, মরোন্দি খঙদে। মহাক্কী ঙাঙলবা অমসুং লংলবা মমীৎ অনীদু উবদা মখূৎতা মী খরদি লাল্লম্লগদবা মাল্লি। মখোয় অহুম্মক লূংগী শেৎলি, অপাবা টি শার্ত লিৎলি। ফিজেৎ য়েংলগা খরা চয়েৎনরবসু চৎলিবা মায়কৈ য়েংলগদি মণিপুরদগী মাল্লি। ঐবু কৌবা নুপাদুনা করি করিনো খরা হংলকখি। ঐ মাগী লোন্দু মিজো- কুকীনি খঙলবসু করি হায়রিবনো হায়বদি লৌশিনবা ঙমদে। মমৈথংদা মহাক শাওনা চৈরক্লে। ঐবু মখোয়গী মাঙদা চৎনবা খঙহল্লকখি। মদুদা খাঙলুরবদি মখোয় করিনো খরা তৌরক্কদৌরি। কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওক্লবা

হায়বদুনি । অদুবু মখোয় ঈশিং মরাং কাইনা পুরি, ঐ থকপদি ফংলগনি খল্লম্মী । নাইতোম লম্মাংনরবনি খঙঙ্গবা ঐবু মীনেক্কুম ষন হোইহল্লগা মখোয় অহুম লাপ্পা ইল্লকখি। ফনা য়াম্না লৈথহৌরে। মখোয়গা চৎমিন্নবা অফবদি ওইররোই খঙলবসু নাম্থোক্লবা উপায়দি লৈত্রি। ঐ তাইনফম খঙদনা ব্বারৌখি। কয়ারক থব্বায়বু কঞ্জনবা অসুম্না চেনখিগদৌরি খল্লুবদা য়াম্না কপ্পীংলকখি।

মশাগীতা য়েংবা, মীনুংশি পক্তবা মীওইশিংদুগা ঐ লম্বী কুইনা পূন্নীংলক্লে। ঐ খরগা হেন্না লাপথোক্লবা ষনশিং অদু কন্না হোইরম্মী। মাঙ থংবা ষন চপ লেপখ্রে। ঐনা করিগীনো খন্না য়েংখিবদা নোংমৈ পায়বা সিফাই তরুক্লা থত্তুনা লৈবা উখি। হৌজিক চেল্লুবগী কান্নররোই, অদুম লেপ্তুনা মখোয়দা য়েংলগা লৈরে। য়াম্না থুনা লাক্লবা মখূৎনা ইঙ্গিৎ পীরকপদগী। ঐ চেনশিল্লম্মী। মখোয় তরুকমক উগী মরুমদা লৈশিন্নখ্রে। তুংগী নুপা অহুম কন্না লাউ-খোংদুনা ঐবু তান্নরকখি। দ্রর- দ্রর, দ্রর- দ্রর, নোংমৈ কাপ্পগী খোঞ্জেলনা পূম্নীল নিনখ্রে। ঐ পাখৎপগা লোয়ননা লৈমায়দা উপ্লম্মী। ষন অনীদি অঙম্বা লোকখারোমদা হোৎথখি।

উরক্তগী সিফাইশিং থোরক্লে। অহুম্না ঐবু ফারগা খূৎ তুংলোমদা থৌরীনা পুল্লম্মী। মখোয় খরনা চেনখিবা ষন থৎলুরগা পোৎলূম খুদক্তা লৌথখি। ষনশিং অদু হরাওবগুম কিবগুম অদুম লেপ্তুনা লৈরম্মী।

সিফাই খরনা ঈরক্তা তারিবা নুপা অহুম মশা হূমদুনা য়েংলি। ঐবুসু মখোয়গী মনাক্তা চিংদুনা পুরম্মী। ঐ থোইদোক্লা পাখৎপা নক্তগা কিরুবা লৈখিদে। মখোয় ম্যানমারীজ সিফাইনি, শক অমসুং য়ুনিফোর্মদগী খঙবনি। তমথীবা শক্তমসু উত্তে। ঐগী ব্বা তাবীগনি খল্লম্মী।

ঐঙোন্দা ব্বা হংলকপদু মখোয়গী কমাণ্ডর ওইরমগদবা মাল্লি। ঐ লোল খঙদবনা ঙক হাইরম্মী। মখোয় করিসু হায়রকখিদ্রে। উপায় অমনা করিগুম্বা খরা থুনা খঙহন্দবা য়াদ্রে খন্দুনা ঐ ইংরেজী ব্বাহে মঙা তরা ঙাঙনবা হোৎনৈ। ”

“ হোৎনবা নত্তে, মখোয়বু ইয়াম্বনা ফজনা ভাব তানবা হায়খিবনি। মখোয় ইংরেজী হৈরমদ্রবদি খঙদ্রে। ” ইন্দুনা থৎলম্মী।

শান্তনু নোক্লকখি, " হোয় , ঐগী ব্রা তাখি, অদুবু ঐনা মখোয়দা থাদোকপীরম্লবা হায়জবদি য়াবীখিদ্রে। ঐবু মীফা ওইনা পুখি। "

ইন্দুনা হায়, " মখা চৎথবীয়ু, ইয়াম্বা। "

শান্তনু মখা লীরকই।

" ষনশিং অদুগী নঙ্গন্দা লৌথরুবা পোৎ থোঙ্গত্তুনা হোইবা হৌরম্মী । অমুক হল্লবনি। অশিবা অহুমদু অদুম তাদুনা লৈহৌরে।

চাক্কী ব্রাখল ইতৌ তৌখিদ্রবনি অদুবু হৌজিক পৃং অমরোম চৎলবা তুংদদি য়াম্না লাল্লক্লে। খোঙ থাংবা ব্রারে, তোয়না লেপ্লম্মী। ঐগী চোকথবদু উরগা খৃৎ পুনবদি থাদোকপীরে।

তম্পাক ওইরবসু লৈতেমদি মান্নদবা লমদমদু হৌরিবা উশিং অমদি নৃংগী মচু য়েংলগা ম্যানমারগী মনুংদনি হায়বসি হেক্তা খঙগনি। ঐ করিমত্তা ঙাঙদনা মখোয়গা অদুম চৎলম্মী।

মাঙদা লমলোং মরি ফাংবা, খরা পাকপা, উফুল হৌবা লম্বী অমা উরে। খাল্লগা লৈবা জীপ মরিগী মনাক্তা সিফাই কুনমুকসু লেপ্তুনা লৈ। মখোয়দু ঐখোয়বু ঙাইরম্বনি।

মখোয়গী মনাক য়ৌখিবগা ঐবু ফারকপা সিফাইশিংনা পাউ তমখ্রে। ময়াম মরক্তা য়াওরম্বা কেপ্তেন অমা ব্রা হংগদবগী ইনাক্তা চঙশিল্লকই। মহাক্না ঙাঙবা ইংরেজীদু লৌশিনবা য়াম্না ব্রায়, অদুবু পাউ ফাওনবদি অদুম ঙল্লে। মহাক ব্রা য়াম্না ঙাঙগন্দবা মী মাল্লি। মহাক্কী গাড়ীদা ঐবু তোংখৎনবা হায়রকখি। ষন হোইরক্লবা সিফাই মরি থল্লম্লগা জীপশিংদু উফুন হৌবা লম্বীদা পরেং থৌদুনা লাকখি।

ঐগী পাউখুমদা নোংমৈ লল্লোনবশিং অদুগা ঐগা মরী করিমত্তা লৈনদে হায়বা মখোয় শেংনা য়ানীংঙি। অদুবু মিজোরামদগী মণিপুরদা লাকপা লম্বীদা লম্মাংনরকপনি হায়বা ঐগী ব্রাদুদি মখোয় থাজবা ঙমখিদ্রে।

পৃং অনীরোম চৎলবা তুংদা শহরগী মতৌ চেনবা খুঙ্গং অমদা ঐখোয় থুংলম্মী। ঐ মদু করি লম্লো হায়বা হংনীংখিদে, অদুগা সাইন-বোর্দশিংদা থারিবা ময়েকশু পাবা থোক্তে। য়াম্না তাঙনা, লাপ্তুক,

অচৌবা সাইন বোর্দ অমদা ইংরেজী ময়েক্লা খন্বাৎ হায়না থাবদি উরে।

মফম অদুদা ঐবু অতোপ্পা য়ুনিফোর্ম শেৎপা সিফাইশিংদা অমুক শিন্নখি। মখোয়না ঐবু কলেবা, মথংদা মনিবা ফাওদুনা মন্দলে জেলদা পুরম্মী। নুমিৎ নীনিগী লম্বীদুদা ঐবু ফজনা পীজ- পিথক তৌবীখিদে, য়াম্না চোকথখি , অনাবগা চপ মান্নরে।

ঐ জেলদা লৈরে। জেল মনুংদা থবক কন্না শূহনখি। ঐ মদু থোইদোক্লা ব্বায় হায়না লৌরুদে। অহাংবা মতমদা ম্যানমার লোল তম্বদা পুক্লীং লূপ্লম্মী। শম্না বর্ম্মীজ হায়না খঙনবা লোল অসিগী মনুংদা খেন্নবা মশা- মরেং মশীং থিঙমদনা লৈরম্লে। মরু ওইবা কাঙলূপ নিপাল হায়বদি —শান, রাখাইনৈ, বর্মান, কাচিন, কায়া, চিন, কয়ি, মোন্নচিংবগী লোন খঙনবা কন্না হোৎনরম্মী। চাউরাক্লা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপ চামা কুন্থ্রামঙারোম্না খুন্দারিবা লৈবাক অসিগী অপূনবা লোল অমা লৈরম্বসিমমক লাইবক ফরবনি। চহী অহুমগী মনুংদা বর্ম্মীজ লোল ফনা নীংথিনা ঙাঙবা ঙম্বগীদমক ঐ চাউথোকচখি। অকোনবা চহীদা অতোপ্পা জেলদগী.মফম হোংলকপা মণিপুরদগীনি হায়বা নুপা অমগা থেংনখি। ঐনা হকচাং য়াম্না নুংঙাইতবা মতাং অমদা মহাক্লা ঐবু সেবা ফজনা তৌবীখি।

ঐ জেলদগী থাদোক্লে। মখোয়গী সরকারগী হৌনবী মতুংইন্না ম্যানমার ঙমখৈ লান্না ভারতকী লমদা চৎখিবা য়ানবা চে ঐঙোন্দা পীরে। চৎকদবা লম্বীসু ঐনা অপাম্বা খঞ্জবা য়ারম্মী। ঐ মুন্না খল্লবা তুংদা তুমুরোমদা চৎলগে লেপ্লম্মী।

ঐ বন্দি ওইদ্রবনি, অদুবু ইরৈবাক্তা হনবা য়ারগনি হায়বগী নুংঙাইবদি কদায়? ঐ নীংখা তমদ্রি, মীরোৎ ওইবদগী নম্থোকপা য়াখিরোই। মরম অদুনা মন্দলে জেলগী অচৌবা চেকপল লাম্থোরকপা মীকুপ্তগী ঐগী পুক্লীং শোম্থবা হৌরে। জেলদগী থাদোরকপদা, সিফাইশিংনা ফাবা মতমগী ফুরিৎ-খোঙগ্রাউ অদুমক শেৎহল্লকখি। মদু য়েংবদা মচু য়াম্না তাদ্রে, মনবতা নত্তনা শেগায়বসু য়াওরে। চেকশিন্না থমজখিবা, তুংশিঞ্জখিবা শেলনা ঐ অনকপা দুকান অমদগী লূংগী অমগা ফুরিৎ অমগা লৈরম্মী। অনৌবা ফিজোল্দু লৈকোল মচি অমদা চত্তুনা হোংদোক্লম্মী। তুংদা ঐ বেগ অমগা,

ফি খরগা, অচা অথক খরসু লৈদুনা পান্দম য়াওদনা অঙাওবগুম চৎপা হৌরে। নুমিৎতু চাউরবা শহর অদুগী দুকান অয়াম্বদি থোঙ হাংনদে। লম্বীসু ইহাঙ হাঙবগুম তৌই। রিকশো, তেক্সি, কার, বস ইচেন চেন্দে, মীসু ইতাক তাকই। সিফাইশিংগী গাড়ীদি অদুম মরাং কায়না উই। শিং নাল্লবা অচৌবা লম্বীগী চিদাইদা, খোঙ লম্বীগী উরুমশিংদা ঙাইহাক ঙাইহাক পোৎথাবগা ঐ চৎপদি লেপ্পমদে। শহর অদুগী শরুক খরদি কোয়রক্লবনি খল্লম্মী। ইরাবতি তুরেল য়েংনীংলকপদগী মায়কৈ হংলগা চৎপা হৌরবনি। ওহ্লোকপনি ফজরবা শহর অদুগী মনুংদসু নোংমৈ কাপ্পবগী খোঞ্জেল তারে। অহানবদদি ঐ বম্বুলাগুম্বা কাপ্তুনা শান্নব্রা খল্লুবনি। অদুবু মী ময়াম ময়াম মায়কৈ- শলাই খঙদনা শমজি খাইনা চেন্নবা উবদগী ঐ য়াম্না পাখৎলম্মী। অনকপা য়ুমগী গেটতা লেপ্পম্বা নুপা অমনা ঐবু কৌবকখি। ঐ মরম হংনীংবদগী পন্থবা তৌদনা নুপা অদুগী মনাক্তা চঙলম্মী। ঐগী শকফমদগী মীতোপ্নি হায়বসি মহাক্লা খঙখিবা ওইরমগনি। নুমিৎতুগী অকনবা আন্দোলনগী মরমদা মহাক্লা তাক্লক্লে। ঐ নীংশিংলক্লে, হৌখিবা চযোল অমগী মমাঙদগী ম্যানমার শিঙ্খুংনা ছাত্রশিংনা আন্দোলন চৎথরক্লি। জেল মনুংদা রেদিওদগী পাউসি তাপ্লবনি। সরকারগী সিফাইশিংনা লাকশিন্নবা হোৎনবদা লালগা অমহা ওইরবনি, চেকশিন্না চৎনবা নুপা অদুনা হায়রকখি। য়ারবদি ঐবু মখোয়গী য়ুমদা চঙদুনা লৈনবা হায়রকপা ৱাদুবু ঐ য়াম্না ইকাইখুম্নবা উৎলম্মী, অদুবু চঙখিদ্রে। ইং শোক ১৯৮৮ গী থৌদোকশিং নীংশিংলুবদা প্রজা ৱানরে তম্নরকখি। পূংখায় অমরোম চৎলবা তুংদা, কিংস হোটেল হায়বা অমগী শুমাঙদা মী য়াম্না পৈবা উরে। মখোয়গা নক্লনা গোলদন লেগু টুরগী বস অহুমসু থাদুনা লৈরম্মী। সিফাইশিংনা মী অমমমতা ওইনা মথং মনাও চেক তৌরগা বসতা কাখৎহল্লম্মী। ঐ মফমদু তানা চঙশিল্লি। বসশিংদু মনিৱারোমদা চৎকদবনি। সিফাই ওফিসর অমদা ঐনা পাস উৎলুরে। মহাক্লা ঐবু খুদক্তা বস কাখৎনবা হায়রকখি।

মথং নুমিৎতা মনিৱা য়ৌরে। চিন ষ্টেট অমসুং সাইগাং দিবিজন্দা ফিভম ফক্ত্রে। কলেৱা সহরদা মীশি- মীনা য়াম্না থোক্লবগী পাউ তাবদগী ঐ নুমিৎ নীনি পন্দুনা লৈখি। বস অমত্তসু চৎনদে। লাংতক্লবা মীযাম অমা

সহরদুদা ইচাই চাইরে। মমৈথংদা চত্তবা য়াদবা, অথু- অহাশিংগীদমক তোয়োতা মিনি বস খরা ষ্টেসন্দা থারি হায়নরকখি। ঐ ফিভম য়েংবা ওইনা শগোল গাড়ী তোংদুনা মফম অদুদা চৎলম্মী। ময়ায় থংবা মী খরা হাঙবা গাড়ী অমদা ঐ কাখৎলুরে। মীয়ায় চল্লবা নুপা অমগা ফম্মিন্নরুই। মহাক্কী নুপীসু থংননা ফল্লি। নুপা অদুনা চহী নিপানগী অঙাং নুপা মচা অমা পম্মী, নুপীনা পিক্লিবা চহী অমগী অঙাং , অদুসু নুপানি। ঙাইহাক্কী তুংদা অতোপ্পা মতৈ- মনাও অমসু নুপামচা অমগা লোয়ননা কাখৎলক্কুনা মনীং সিটতা ফল্লখি। নুপী মরি অমসুং অঙাং অহুম য়াওনা পেসেঞ্জর কুনমঙা পুবা গাড়ীদু নুমিৎ যুংবা মতুংদা অতৈদগী মাঙ থাদুনা য়াঙনা থৌরক্লম্মী। পূং মঙা চুপ্প া উমং লমহাং কয়া লান্দুনা লাকখ্রে। মরক মরক্তা অচা- অথক য়োনবা রেষ্টুরেন্ট মচা মচা খরা থেংনবা নত্তনা খুঙ্গংশিংদি অমগা অমগা ওম্হোক্লা লাপ্লখ্রে, য়াম্না য়াম্না লন্না তাই।

কলেৱা টাউন য়ৌদ্রিঙৈ, লম্বী ময়াগী রেষ্টুরেন্ট অমগী মমাঙদা লেপ্লম্বা পাখং খরনা গাড়ী খাল্লকখি। থাবল ওখাক ফৈ। দ্রাইবর কূমথংখ্রে। পাখংশিংদুনা পেসেঞ্জর পুন্নমকসু কূমথনবা হায়রকখি। ময়ামদু হৈনীংদে চিংনবসু য়াওরি। যূম খরদা ঙাল্লিবা ইলেক্ট্রিক মৈঙাল লন্নাই থৌরাং মাল্লি, য়াম্না তন্না উই। মায়কৈ অহুমদা শন্দোকখ্রিবা উমংবু থাবলনদি ফজবা য়াম্না হেনগৎহনখ্রে। পাখংশিংদুগী মতৌদু য়াম্না তহা তহারম্মী। মখোয়না পেসেঞ্জরশিংদা চেকশিন ৱাহৈদা খঙহল্লকখি—কলেৱা টাউন মনুং অমসুং মপান্দগী আন্দোলন য়াওবশিং ফাগৎপতা নত্তনা নোংমৈনা কাপ্পুনা য়াম্না হাৎখ্রবনি। সিফাইশিংগী মীৎয়েংদা চিংনগদবশিং য়াওরবদি জঙ্গল লম্বী ফাওরগা পম্থুংফম য়ৌনবা হোৎনবনা ফৈ। পাউ পীরম্বা পাখংশিংদু খুদক্তা মাঙখ্রে। পেসেঞ্জর ময়াম ইরাঙ লাঙনরকই। নুপী অমদি কপ্লকখি। নহাশিংদুনা পীরম্বা পাউ কদাই ফাওবা চুম্বগে হায়বদু খঙনীংবদগী রেষ্টুরেন্টকা থংনবা যূম অমদা, টেপ রিকোর্দকী ম্যুজিক হৌনা খোংলগা ফল্লিবা লৈশাবী মরি য়েংদুনা ঐ চঙশিল্লম্মী। ঐনা থোঙজিন কানশিনবগা লৈশাবী মচা মরিদু ফুক ফুক হৌগৎলকখি। মখোয়গী মরক্তগী খরা ৱাং- চাউবী/নুপী অদুদা থোঙজিন ফাওবতং থোকপীরক্লবা ঐনা কৌথোক্লুবনি। অরুবা

ব্রাফমদু লোম্না হংনীংবদগীনি। অদুবু মহাক নোক্লুনা হায়রকই — ' মখোয় অহুমসিদগী অপাম্বা খল্লু, ঐদি ইব্রা লৈ, পুকসু কংলে, য়েংঙু। ' ঐ ভাব তাবা ঙমদে। অদুবু, লৈশাবী মচা অমনা মহাক্কী লূংগী তাখৎপা হৌরকপদগী ঐ লৈথোরক্লে। মখোয়দু মশা য়োনবী ঙাক্তনি হায়বা খঙলক্লবনি। মখা পাউ হংনীংদ্রে।

ঐখোয়বু পুবীরকপা গাড়ীগী দ্রাইবরনা মখা থৌররোই হায়রে। মদু ময়ামগী ফনবনি খঙহনবগা লোয়ননা গাড়ী মমায় লৈদুনা হনখিনবা থৌরাংদা লৈখ্রে। পেসেঞ্জরশিং অমনা অমদা য়ৌফম, পম্থুংফম হংনরকখি। ময়ামদু ইপা পাখৎনৈ, লৈতানা চাবা থকপা ঙম্নদ্রে। ঐমক্তি ব্রাফমদু য়াম্না লুনা খল্লমদে।

ঐগা ফম্মিন্নরকপা মতৈ- মনাও য়াম্না লাঙতক্লে। নুপা অদুনা ঐঙোন্দা হংলকই— ' নহাক করি লম য়ৌবীগদবনো? ' ঐনা খুম্মী — ' ঐ ম্যানমার ব্রাংমদা চৎকদবনি।' মখোয়না মথং মথং হংলকখিবা, ব্রাহংগী পাউখুম পন্দনা ঐ শেংনা পীখি। ঐ ইন্দিয়াগী মীনি তুমু লাল্লগা চৎকনি, মোরে য়ৌগদবনি, য়ুম মণিপুরদা লৈবনি, ম্যানমারগী লমদা কোয়বা চৎলুবনি হায়বনচিংবসি খঙহনখ্রে। ঐগী ব্রা তাবদা অতোপ্পা মতৈ মনাওদুসু ইনাক নক্লা চঙশিল্লক্লে।

নুপাদুনা হায়রকই — ' ঐখোয় ম্যানমার লৈবাক থাদোক্লুনা ইন্দিয়াগী লমদা চঙজফম লৌবা চৎলিবনি। চানবীদুনা ঐখোয়বু অমুক্তং লমজীংবীয়ু। '

অহানবা নুপাদুসু হায়জরকখি —' ঐখোয়বু তেঙবাংবীয়ু, ঐখোয়গী পুন্সি খুদোংথীনিঙাই ওইরে। '

চীংদোন নকখ্রবা থাজগা মায়োক্লনা লেপ্লিবী নুপী অনীগী মীৎলুদা পিনা থূম্লে। মখোয় ঐগী পাউখুম ঙাইহ্বদা ঐঙোন্দা য়েংলি।

ঐ মখোয়গা লোয়ননা চৎকনি হায়খ্রে। অদুবু, লম্বী খঙবদি নত্তে হায়বসু তাক্লম্মী। মফম অদু খুদক্তা থাদোক্লবা ঐখোয় শেম শরম্মী।

নুপী অনীগী বেগকা ঐগীগা শুপশিন্দুনা য়েংবদা কেজি তরাদগী

হেল্লোই। মদু ঐনা লেংবান্দা য়ানখৎলম্মী। নুপী অমদি অপিকপা মচা পোরি। মখোয় মাগী মাগী বেগ থোঙ্গত্তুনা নুপা মচা অনীবু মখূৎ শম্বীরগা অৱাং নোংচুপ পাংনা উমংগী লম্বীদা চৎপা হৌরে।

ঐগা চৎমিন্নরিবা ইমুং অনীদু কাঙলূপ তিন্নদে। খরা ৱাংবা কুলৈ কুচুগী মতে- মনাওনা বর্মাননি , খরদি নেম্লগা কুচু পানবা অনীদুনা রাখাইন শাননি, মখোয়গী লোন্দগী খঙবনি। মিনিট তরারোমগী মতুংদা বর্মান নুপাদু মচা নুপা পোৎখৎখ্রে , অদুগা মখূত্তা চৈশু অমসুং অশাংবা তোচ অমা পায়রগা মাঙ থারম্মী। অতোপ্পা অঙাং অদুদি থৌনা লৈনা মমা- মপাগী তুং ইল্লি।

বর্মান নুপী অপিকপা মচা কপ্লক্তনবা হোৎনবদা অহেনবা অৱাবা অমা পুরিবনি।

হৌজিক ঐখোয়না লাকখিবসি পূং অমা খরা হেল্লে। কলেৱা শহরগী মৈঙাল য়াম্না থাপ্পা তুংওইননা লৈহৌরে। অতোং- অকুৎ নাইবা, লম্বী ফজনা তাদবা, অশুকপা মফম খন- খন্দুনা ঐখোয় লাকখিবনি।

মখোঙনা অমুক চৎ, মপাশিংগী নঙ্গন্দা অমুক কাখৎ, লেপ্তুনা লাকখিবা অঙাংশিং অথেংবা অহীং ওইরক্লবা মতমদদি চোকথবা অমসুং তূম্নীংবনা মখোঙ থাংনীংদ্রে। অদুবু ঐখোয় অহীংদুদা ঙম্বমখৈ চৎহৌবনা ফগনি খন্নদুনা কুইনদি খক পোৎথানদে। অঙাং অনীদু মপা মপানা শাংনা পোবা তারক্লবা মতমদা ঐঙোন্দা কেজি তরাগী পোৎলূম অমগা হাপশিনবা তারবনি।

নোংয়াই মতুং পূং অমা তারে। ঐখোয় পূম্নমক য়াম্নসু চোকথনরে। অনকপদা খুল লৈবগী খুদম ফংদে। য়ারেকফম থিবা হৌরে। থাবল মাঙখ্রবা মতমদুদা ঐখোয়বু চৎপদা তেঙবাংবীরিবা হায়ববু তশেং- তশেংবা অতিয়া মঙাইরে। থৱান থাগী উমং- নুংশিৎনা ওলাংবদি ফনা য়াম্না ফাথরম্মী। অপিকপা ঈচেল অমগী তোর্বান নক্লা য়াঙৌ মখোঙ অমদা ঐখোয় পোৎথানবা শেম- শারম্মী। ফি অপাকপা অমা থারগা মমা অনী অঙাং অহুমগা ফমথখ্রে। নুপাশিংনা হীদাক থাদুনা কাঙ চিক্তনবা ফিনা হুম্লগা ফম্লম্মী। ঐ মপূং ফানা মখোয়গী অৱাবা শরুক য়ামিন্নরগে খন্দুনা ফমদুনা

লৈরে।

কুচু পানবা ঐগা চহী লেঙগা ওইবা রাখাইন নুপাদুনা হংলকই, ‘ মরূপ্তি ইন্দিয়াগী মণিপুরদা লৈবনি হায়বদাই? ’

ঐনা খুম্মী, ‘ হোয় , মণিপুরদগীনি! লমদমদুগী মিং তারব্রা? ’

‘ করিগী তারোইদগে ঐখোয়গা যূল্লোন্নরিবনি। ঐখোয়গী খোঙচৎ মফম অদু য়ৌবনি। নহাক্না লমজিংবীরি হায়বা খল্লুরগা পুক্নীং ৱাখল য়াম্না চাউথোকচৈ। ’

ঐ লম্বী খঙবা মী নত্তে , চুম্না নোংচুপ্লোমদা চৎকদবনি হায়বসিনা লোইরে। পূং কুনলোম লেপ্তুনা চৎলবদি মণিপুরগী ওমখৈ শোয়দনা য়ৌরগনি খল্লি , ভাবনা শাবনি।

বর্মান নুপাদু ৱাবীদু য়াওবকই, ‘ নহাক ম্যানমারদা করিগীদমক চৎলুবগে হায়বদু তাকথোকপদা নুংঙাইতবা লৈবীব্রা? ’

ৱাহং অসি তোয়না হংলক্কনি খঙখিবনা ঐ খুম্বা থুখি, ‘ হায়দোকপদা অকায়বা করিসু লৈতে। ঐ লমদম তাম্না মীবৈবাক ম্যানমারদা লৈথ্রবা মরী- মতা অমা উনবা চৎলুবনি। ’

মখোয় কদায়দা লৈবগে?

‘ মন্দলেদা। ’

‘ চুম্মী , মন্দলেগী মফম অনী- অহুমদা কতে -মৈতৈশিং লৈ। মখোয়দি মন্দলেগী করম্বা মফমদনো লৈরিবা? ’

সিতি মনুংদগী খরা লাপ্না, অমরাপূরদা লৈবনি।

‘ মিং করি কৌই। ’

ৱাহংসিনা ঐবু কোক খরা শাহনখি। অদুবু জেলদা লৈমিন্নবা নুপা অমনা বৈকুল কৌবা, মপা- মপু হাকথক্তগী মন্দলেদা লৈরক্লবা ওজা অমগী মরমদা য়াম্না থাগৎতুনা ঐঙোন্দা পাউদমখিবা লৈ। মদু ঐঙোন্দা কান্নবা মিং ওইরে।

ঐনা খুম্মী, ‘ বৈকুল কৌই। ’

‘ ও! প্রোফেসর বৈকুল! মহাক ঐগী চান্নরবা মরূপ্নি। ’

‘ য়াম্না নুংঙাইজে ঐগী মরী- মতা অমগী মরূপ ওইবীরম্বা। ’ ঐ ৱারীদু থৈদোক্লবা হোৎনৈ, ‘ ইয়াম্বা কৌজগে , ঐখোয় ঙম্বমথৈ অহাংগী মতমদা চৎপনা ফগনি। ’

‘ নহাক বৈকুলগীদা নুমিৎ কয়ানি লৈরকপগে? ’ নুপাদুগী ৱাহং লুশিল্লকই।

‘ কুইখিদে। মখোয়গীদা য়ুমথুং ওইরুবগী ৱানি, অয়াম্বা মতমদা কোয়দুনা মতম লেনখি , হোটেল কয়াদা লেকখি। ’

নুপাদু ঐগী পাউখুমদা য়ানীংদবা মান্না হায়, ‘ ঐ ৱা তানবা বৈকুলগী য়ুমদা তোয়না লাকখি, নহাকপু খক থেংনখিদে। ’

তুমিন তারম্বা শান নুপাদুনা মখা তাই, ‘ঐখোয়গী সারসিগীদমক সার বৈকুল য়াম্না ৱাজখিবনি। নহান ঐখোয় মহাক্কী য়ুমদগী থোরকপনি। মরক অসিদা মন্দলে শহরদা কনামত্তা নুংঙাইনা , নীংখা তম্না কোয়বা য়ারম্লরোই। ’

য়াম্না ঙাঙদবনা অশিংবা পাউখুম ওইরগনি খন্দুনা ঐনা হায়, ‘ অচুম্বনি। ’

‘ নহাক্না অশেংবা পাউখুম পীবীরবদি ঐখোয়গী সার লু- থানগী মিং শোয়দনা তাগ্রে হায়ফম থোকই, ইমুং অদুদা পূংজা খুদিং পন্নরিবনি। ’

ঐ তুমিন তারম্মী। অদুগা, বর্মান নুপাদুনা ওইরম্বা য়াবা ফমগী মতাংদা খল্লম্মী। বৈকুলগী মিংদগী থৈদোক্লবা হোৎনদবা য়ারক্তে।

ঐনা হংঙি, ‘ হৌজিক ময়াম্না ইরৈবাক থাদোকপীগদৌরিবসি রাজনীতিগী মরমদনি। মতাং অসিদা, ঈহৌ অসিগীদমক প্রজাশিংগী অপাম্বা মায়ওন কদোমদনো? ’

‘ প্রজা মীয়ামগী ঈহুল খঙদনা মী খুজোক অমনা ঈহৌ শাগৎপদা মায় পাকপা ঙম্লোই। বর্মান নুপাদুনা হায়, ‘ নহাক্না খঙবীগদবদি শুপ্নম শাসনগী মখাদা মতম কুইনা তূম্লক্লবা ম্যানমারীজ য়াকাইহনবদা ৱানা থোক্লে। অদুগী মথক্তা কাঙলূপ জাতি য়াম্মনবা, ফুরুপ মশেল মত তিন্নদবা হায়বসিসু অচৌবা খুরৌ অমনি। ঐখোয়গীসি অহৌবা খোঙথাং নত্তে, ইং

১৯৮৮ দগী থিলহৌ থিলহৌ মখা তারক্লি, অব্রাবা য়ামনা খাঙবা তারি।'

'মীয়ামগী অকনবা খোল্লাউ মতম কুইনা, করম্বা দেশতা নমথদুনা লৈত্রবগে?' ঐ ইতিং তিংনা অদুম ঙাঙখি।

অপিকপা অঙাং মীকপ থোরকপদা মমা হৌগত্তুনা ফন্নগা থেন্নম্মী। ঐখোয় ব্রারী লেপ্লে। ঐ মখোয়গী মখা পরিচয় য়াম্না হংনীংলবসু ব্রাখলনা শাগৎলগা লৈরে। মখোয়বুসু ঐগী মরমদা হংহন্নীংদে। অদুবু মমা-মচা অমুক হিপথখিবগা রাখাইন নুপাদু ঐঙোন্দা য়েংলকখি।

'মরূপ, ঐখোয়বু শক অমুক্তং তাকচগে। সারগী মিং লু-থান কৌই, মন্দলে য়ুনিবর্সিটিদা পোলিতিকেল সাইন্সকী প্রোফেসার ওইবনি। ঐনা নন-টিচিং স্তাফ মেম্বরনি, এসিসটেন্ট পি. আর. ও. নি। ঐগী মিং কিয়াং কৌই। য়ুনিবর্সিটি মনুংদা হৌরকখিবা ছাত্রশিংগী দেমোক্রেসিগী ঈরাং পুম্নমক ঐখোয় খরনা ইনশিনবনি হায়না সরকারনা লৌই। মখোয়না ফংবা নুমিৎতা লাইবক থিগদৌরি। মরম অদুনা নহাক্না ঐখোয়বু চেকশিন্না লমজীংবীয়ু। ঐখোয় নহাক্কী থৌজান নিজরি।'

ব্রাফমসিদা ঐ থোইনা থক্কৎলুদ্রে, নকশিন্নবা পাউ অমা ব্রাখলনা শাগৎলকখ্রে। মদুগীদমক ঐনা মখোয়গা লোয়ননীংখিবনি।

'ঐ ভাব তাজরে।' ঐনা খুন্মী।

'অদুগা খঙবীগদবা অমনা, ঐখোয়গী সার লু-থান অহল-লমন হাকথক্তগী খ্বাইনা শকখঙনবা ইমুংগী মীনি। মপুবোক্তু বর্ম্মীজ নীংতম লান্দা লুচিংখিবা, মপুন্সি কৎথোক্লখিবা 'থার্তি কমরেদ' হায়রগা খঙনবা লুচিংবশিংদুগী মনুংদা মরু ওইবা মীশক অমা ওইখি। অদুগা ইতৈমসিনা ব্রাগী লমদা বৃটিশ লান্মী লীশীং কুনতরেৎ হাৎখিবা অচৌবা লাল অদুদা জেনরেল ওইখিবা নুপা অদুগী মশুনুপীনি। হৌজিক্লা মহাক হায় কোর্টকী লোয়র ওইরি। হন্থবা ক্লাসকী মীওই শাদবা য়াদবগী মরম মরূপ্না হেন্না খঙবীরগনি।'

পূং অহুম তারে। উনাশিংদগী লিক্ল' মতূম মতূম তাবা হৌরক্লে। নুপী অনীদু অমুক তূমথখিবা কুইদ্রি। অদুবু হৌদোক্তবদি যাদ্রবনি। মরমদি

ইরাপ লাপ্তনা নোংমৈ কাপ্পবা অমদি কপ্প- লাউনবগী খোঞ্জেল তারে। তুংলোমদনি হায়বসিমদি পোকখায়খিবা অহৌবা বোম্মা ময়েক শেংহল্লে। ঐখোয় চেন্নবা থৌরাং লোইশিল্লম্মী।

পূং অমরোমদি ঐখোয় তশেংনা চেনখিবনি, পুরিবা পোংকী, পোরি- পল্লিবা অঙাংগী অরূম্বা খঙনখিদে। হোল্লিবা স্বর অমদি শীচ্ছরকপা হুমাংনা চোকথবগী চাংদি তাক্লে। অমম্বনা মাঙখিবগা ঐখোয়গী লম্বীসু থৎখ্রবগুম তৌরম্মী। চঙশিনগদবা ইচিং চিংনৈ । অদুবু অমুকসু তাখিবা নোংমৈ মখোলনা ঐখোয়বুদি তাল্লি।

অঙাং পোরীবী উকিল নুপী তুবা মশীং খঙদ্রে। করিগুম্বদা মহাক ফেনাৎ মখূৎনা পায়রগা চৎলি। অঙম্বা চীংদা হাইগৎলকপা মতমদদি মহাক মখোঙ থাংবা ঙমদ্রে। চপ চপ লেপ্লম্মী। মদু ঐ য়েংবা ঙম্মদে। প্রোফেসার লু-থান চহী নিপানগী মচা পোবতা নত্তনা লূম্বা মান্নবা বেগ অমসু পুরিবনি। ঐনা হায়জবদগী উকিল নুপীনা মচা অঙাংদু ঐগী নমদা থোল্লকখি। মহাক পূং অমরোমদি মশা ঙাক্তা ইয়াং য়াংনা চৎহল্লম্মী। মদুদসু মখোঙ নাবনা মরম ওইদুনা কন্না চৎপা ঙমদে, শেক-শেক্তুনা ইনবা হোৎনরি।

ম্যানমারগী পূংজা অমা তাবা মতমদা ঐখোয় চীং অমা লাম্থোক্তুনা নোংচুপ থংবা চীংখোঙদা চেনবা তুরেল তম্না কূমথরম্মী। তুরেল ম্রাংমদা, উমংশিংনা কোয়শিনবা ফৌগী লৌবুক খরসু উরে। মদুনা খুল নক্লা লৈবগী খুদম অমদি পীরি। ঐখোয় য়াম্না থুনা তুরেন্দা মীৎ মায় তাথোক্লগা, বেগতগী অচা- অথক লৌথোক্তুনা চারম্মী। অপিকপা অঙাংদু মমানা খেমদুনা বিস্কুইট খরা পীজনবা হোৎনখি। ঐখোয়গীদমক্তদি য়ূমদা শেল্লকপা তলনা মপুং ওইখি। ঐখোয় চাবা লোইবগা তুরেল লাম্থোক্লবা খন্নরম্মী। মদু অরায়বা থবক ওইরোই।

তুরেলদু ওখাক পাকই, মমিং খঙনবা নত্তে। ঈচেল কনবতা নত্তনা য়াম্নসু লুবগী মওং উই। ঐনা হংবদা মখোয় ঈরোইবা ফজনা হৈবা য়াওদে হায়। ঐ কূমথদুনা থেনবা লুবগী চাং য়েংদবা য়াদ্রে। মফম খঙহৌদনা কদোমদগী নোংনো,খরসু খিকপা হৌরক্লে।

ঐ তুরেল কূমথরে। ঈরোইদনা লেপ্লগা তপ্না তপ্না চৎলি। ঈচেন্দু থোইনা খুদোংথীনিঙাই ওইদে। ময়ায়গী মফম খরদদি ঐগী খৌরী য়ৌনা লুবা য়াওরে। ব্রাংবগী চাংদা নুপা অনীদুদগী ঐনা ইঞ্চি তরুক্তগী তাদনা হেনগনি । মখোয় ঈরোইরগা লানবা তারবনি।

লূ- থান্না ঐবু অহানবদা বেগশিং অদু লাম্থোক্তুনা নোংনা চোৎলোইদবা মফম অমদা থমহন্নীংখি। মদুগী মরম চাংয়েংনগীদমক ওইরম্বা য়াই খন্দুনা ঐ চাউরাক্লা কেজি য়াঙ্খে লূম্বা বেগশিংগী অচৌবা পোৎয়োম অমা লব্রাই কোকথক্তা হাপ্তুনা লাম্থোক্লম্মী। নোং খরা কনশিল্লকপদগী তোর্ব্বানগী অচৌবা নূংগী শরুংগুম্বা মফম অমদা নমশিল্লম্লগা ঐ তুরেন্দু য়াম্না থুনা ঈরোয়রগা লাম্থোক্লে। হঙ্গৎ- হন্দা খরা থুনবা মথংদা নুপা মচা অনীবু ওয়-য়েৎ লেংবান্দা পূরম্মী। অহুম্লকশুবদা, অহল মরিবুসু শেম শানবা হায়রম্লগা, অপিকপা অঙাং অদুবু কোকথক্তা পুরগা য়াম্না তপ্না তুরেন্দু লানবা হোৎনখি। অহৌবদগী কপ্লকখিবা অঙাংমচাদু তোর্ব্বান ব্রাংমা য়ৌবদদি ব্রাবনা খন্নবা মাল্লি, মখোন থোক্লে। তোর্ব্বান্দগী খরা লাপ্তুক চৎথোক্লগা অঙাংশিংদু থম্লুগে, নুপা মচা অনীনা অপিকপদু শেন্নহল্লগা ঐ মমা- মপাশিংবু তেঙবাংলুগে খন্দুনা মফম চাবা য়েংলম্মী। তাঞ্জা অদুদা তোর্ব্বান - ব্রাংমগী চীংদোন্দগী, নুপা নুপী ময়াম অমা চেম্থরকপা উই। মখোয়বু য়েংদুনা লেপখৎখিবা ঐগী মরূপশিংদু তুরেন্দা চোংথনবদা য়াওখ্রে। মখোয়বু তাল্লকপা সিফাইশিংদুনা কাপথরকপা নোংমৈ মরূ মশীংখঙখিদ্রে। দ্রর- দ্রর , লেপ্পা লৈতে। ফিভম অদুদা ঐ অঙাং অপিকপদু পমদুনা, নুপা মচা অনীদুগা লোয়ননা উমংদা কন্না চেনশিল্লম্মী। ঐ তুরেল্লোমদা হননা অমুক য়েংবগী তাঞ্জা ফংখিদে। ফনা শাংনা চেল্লবা তুংদা ঐ নুপা মচা অনীদুবু কোন্দুনা লৈমায়দা ফমথরম্মী। মখোয় কপ্পা হৈতবগুম ঐগী মীৎকী পি য়েংলম্মী।

অচোৎপা ফুরিৎ শুমদোক্লগা ঐ কন্না কপ্লিবা অপিকপা অঙাং পোদুনা, নুপা মচা অনীবু মখুৎ শম্লগা ইঙাও ঙাওনা উমং অদুদা লেপ্তুনা চৎলম্মী। নমগী অঙাং কপ্পা লেপ্তে, খোঞ্জেল থোক্তবগী ব্রানি। মখোয়গী মমা- মপাশিং অদুনা ওইরমগদবা ফিভম খঙনীংবনা ঐ চপ চপ লেপ্লম্মী।

পূংখায় অমরোম চৎপোই-চেনবোই লাকখিবদুগী অৱাবা খঙখিদে। উরক্তা খোঙ লম্বী মচা মচা য়াম্না লৈ। ঐ নোংচুপ মায়কৈবুদি তোয়না য়েংলম্মী। মাঙদা লাপ্তক নুপা অমনা ষনগাড়ীদা শীং হাপকৎতুনা লৈবা উরে। নুপাদুনসু ঐঙোন্দা য়েংলক্লি। ঐ চঙশিনগদবা, খৌতক তৌই। অদুবু মহাক্না ঐবু কৌরক্লম্মী। ঐখোয় মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লম্মী।

মীয়ায় চল্লবা নুপাদু লোল অমসুং শক্তমদা চিন কাঙলুপ মাল্লি।

মহাক শীংদু য়াম্না থুনা থৌরী লাকশিন লাকশিন্না ঐঙোন্দা হংঙি, ‘ কদোমদগী লাকই। ’

ঐনা খুমখি, ‘ কলেৱাদগী লাকপনি। উমং লম্বীদা লম্মাংনরক্লে। ঐখোয় অনকপা খুঙ্গং অমদা চঙজফম থিজরকপনি। ’

নুপা অদুনা মুন্না য়েংলগা মখা তারকই, ‘ গাড়ীদা কাখৎলু ঐগা চৎমিন্নসি। ’

ঐ য়াম্না হরাউরম্মী। মহাক্না শীংগী মথক্তা অকংবা ই অমসুং উনা চাইথোকপীরে। ঐখোয়বু গাড়ীদা মফম চানা ফমহল্লে। অপিকপা অঙাংবু ঐনা তমপাক্তা পল্লম্মী। চোৎলম্বা ঐগী লূংগী ফজনা কংখ্রে অঙাং য়াম্না ৱাখ্রমাল্লে, কন্না তূমখ্রে। নাক য়েংকী অঙাং অনী কপ্লকপদা ঐ করম্না থেমগনি। ষনগাড়ী তপ্তক চাং অমদা লেপ্তনা চৎলম্মী।

পূংখায় অমা চৎলবা তুংদা খুল অমা উখি। মদুনা ঐবু নুংঙাইহনবগী মহুৎতা য়াম্না ৱাহনখ্রে। মরমদি সিফাই ময়াম অমা খুলগী মচীন লম্পাক অমদা লৈবা উখি। ঐগী অৱাবা মুন্না য়েংলগা ষনগাড়ী থৌবা নুপাদুনা হারকখি — ‘ নহাক তুমিন লৈয়ু। সিফাইশিংসিনা ৱা হংলক্লুবদি ঐগা ঙাংনগনি। ঐগী ইনাওনি, য়াম্না থাপ্পা, মফমদগী নহান থুংলবনি, হৌজিক লৌবুক য়েংবা চৎলুবনি হায়গদবনি। ’

ৱাখল খরা চাউথোকখি। খুল য়ৌরে। সিফাই ময়ামদুনা ঐখোয়দা হন্না ফাওবা য়েংলকখিদে। ঐখোয় নুপা অদুগী য়ূমদা থুংলম্মী। তুংদা ঐ ইশাগী পরিচয় লোৎলবসু অঙাং অহুমগী মমা- মপানা নংহৌরিবা খুদোংথীবদু য়াম্না শেংনা তম্লে। য়ূম্দু ডেমোক্রেসিবু লোন্না শৌগৎপা মীশক

অমা ওইবতা নত্তনা লমদম অদুগী মচীন চৎপা মীশক অমসু ওইরম্লে। ইমুংগী মীশীং য়ামদে, মচা পাখং অমগা, লৈশাবী মচা অমগা, মহাক্কী নুপীগা মখোয় মরিখক্তনি। পূম্নমক থৌজান হৈনা উই। অপিকপা অঙাং অদু শেন্নবগী থবক যূম্বু নুপানা মহাক্কী নুপীদা শিন্নরম্মী। য়াম্না নুংঙাইজখিবদি ইমুংসিগী মীশিংনা ম্যানমারগী রাজনীতিগী ঈরাংদা য়াম্না কুপশিন্না খঙলম্বসিনি। মখোয় পূংজা খুদিংগী বেঙ্কোক , মনিলা অমসু বি.বি.সি. দগী পীরকপা অকুপ্পা রেডিওগী পাউ তারম্মী।

যূম্বু নুপা অদু পূং অমরোমগী মতুংদা সাইকল অমা থৌরগা ঐখোয়না ঈরানফম তুরেল তম্না চৎখিরম্মী। নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হল্লকখিবা নুপা অদুনা তুরেলদগী সিফাইশিংনা অশিবা নুপা নুপী পূন্না তরামরি লৌখৎহৌবগী পাউ তম্লখি। ৱারোল খঙলবা নুপা মচা অনীদু থকয়েনবনা কন্না কপ্পা ঙমজরমদে। ঐ অহীং চুপ্পা অঙাং অনীদু কোল্লগা লৈখি। অপিকপা অঙাংনা মমা মপা থিদুনা কপখৎলকপদা ঐ থম্মোয় পুবা ঙম্লমদে।

ইন্দু, মসিগী তুংদা থোকখিবা থৌদোকশিংদি ঐ শমজিল্লগে। ঐবু চঙজফম পীবীখিবা নুপা অদুনা হাপ্তা অমগী তুংদা ঐবু নিউ সোমতাল তানা থিনবীরকখি। মহাক্না ঐবু খুন্দুগী চিফসু ওইবা ওজাসু ওইবা নুপা অমদা শিন্নরম্লে।

থা অহুম্লোম ঐ ইমুং অদুগী থবক শূবা য়াওদুনা লেল্লম্মী। ঐনা মফম অদুদা লৈবগী মরম অমা লৈ, ঐ মণিপুর তম্পাক য়ৌথ্রগে হায়নদি খনখিবা নত্তে। ঐ নহাক্কী খোঙ্গুন লীবা ঙম্ব্রা য়েংখিবনি। ঐ অহাংবা মতমদা তুমিন ফমদুনা লৈথোকখিদে। যূম্বু ওজা অদুগা লোয়ননা চীংনুংগী খুঙ্গং কয়া য়ৌশিল্লুই। মণিপুরগী মনুং হঞ্জিন্না লৈবা খুলগী স্কুলদা ওইরিবা ফিভম উবদা ঐ থম্মোয় শোকখি। অঙাংশিংনা তেক- কায়রবা থোঙনাউশিংদগী ওজা লাকপ্রা য়েংবা, ঙাইবা য়াবা ঙাইরম্লগা লাকমন্দবদগী ৱারক্লবা মতমদা মখোয়না কাংশি য়েজরগা ছুটি থাজরগা ময়ূমদা হন্নখিবদু উবদা ঐ য়াম্না ৱাখি। মওং অসিমক ঐনা লৈরিবা খুলগী জুনিয়ব হাযস্কুল অদুদসু থোক্লি। মরম অদুনা ঐ য়েংদুনা লৈবা ঙম্লক্রে। স্কুল অদুদা চঙ্ভুনা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বীরম্মী। ঐগী থবকপু খুঞ্জাশিংনা য়াম্না থাগৎখি। ঐ পুক্নীংগী শান্তি ফংনবা

মরক মরক্তসু , মমা- মপাশিংনা হুন্দোকপীরম্লবা অঙাংশিং উনবা চৎপদা ঐ তত্তনা থেনয়েন্ন খুল য়ৌরম্মী। ঐগীনি খনখ্রবা অঙাং অহুমদু য়েংবা চৎপনি। মখোয়গী ব্রাখন্দা ঐ থবক তৌরম্মী , চৎলম্মী অমসুং খুঙ্গাশিংগা শন্নরম্মী। থা তরুক্রোম ঐ নিউ সোমতালদা লৈরবা তুংদা ইচাশিংনা লৈবা কবো খুলদা লাকখ্রে।

মতাং অসিদা, ইন্দু , নহাক্লা হংনীংলমগদবা ব্রা অমা লৈরে। অঙাং অহুমদু য়োক- থাকপগী থবক কবোগী ইমুং অদুনা কদায় ফাওবা মীনুংশি য়াওনা, ওইজবা থাদোক্তুনা লুনা চান্না তৌবীরমগনি। মখোয়সু লেম্না- পানা, নুংঙাই য়াইফনা পানবা ইমুংদি ওইরম্ফম থোক্তে। ব্রাফমসি ঐ শেংদোক্কে। আন্দোলন্না থোকহনবা সিফাইশিংগী ঈরাং খরা নেমথখ্রবা থখায় অমরোমগী তুংদা ঐ তুরেল লৈরাইগী নূংজাউ শুরংদা নোংনা চোত্তনবা নমশিল্লম্বা বেগশিংদু থিরুই। মফম কায়দনা লৈরম্মী। ঐনা লূ- থান অমসুং কিয়াংগী শউনগী বেগ অনীদু হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা সনা লূপা য়াম্না য়াওরম্মী। মদুদা ভারতকী শেল, অমেরিকান দোল্লর কয়াসু য়াওরি, ছাদতি য়ামখ্রে। করেনসি নোট ঙাক্তনি। সনাগী মমলখক্তনা ইন্দিয়াগী শেন্দা লূপা লাখ অহুমদগী তারোই। শেলফম অদু , সনা- লূপা পূন্না ঐনা চেকশিন্না লোৎলগা খুদক্তা শিজিন্নগদবা লূপা লীশীং তরাখক্তং লৌথোকখি। কবো নুপাদা অঙাং অহুম্নু ফজনা শেন্নবীনবা শেলফমদু পীখিবনি।

অসিগী তুংদা কবো নুপাদুনা ঐগী মরমদা লোন্নবা খুঙ্গাশিংদা ব্রারী কয়া তৌখিরম্বা য়াই। লোয়ননা ঐনা নিউ সোমতালদা লৈরিঙৈদা পুক্লীং চঙনা লাইরিক তম্বীখিবগী পাউ অতোপ্পা ম্যানমারগী খুঙ্গং কয়াদা শন্দোকখ্রে। খুল অহুমগী তজী লাক্তুনা ঐবু মখোয়গী লমদা স্কুল অমা শোমগৎপদা তেঙবাংবীনবা কন্না হায়রখি। মদুদা ম্যানমার সরকারদগী অয়েৎ অপন লাক্তনবা মখোয়না শীনগনি হায়খি। ঐসি য়ুম্নু তজীদুগী পোকমিন্নবা মনাউনি , চিন ষ্টেটতা মতম কুইনা লৈরুবনি হায়না ময়াম্না সাক্ষী পীগনি হায়বীরে। ঐ ইচাশিংবু ইখুৎমক্লা য়োকপা ওম্লগনি খল্লগা য়াম্না হরাউজখি।

মতৌ অসুম্না ঐনা লৈরিবা শঙ অমসুং স্কুল অসি খুঞ্জাশিংনা শাগৎপীখি। ঐনসু শেল কয়া পীদুনা মতেং পাংঙি। মতম ফংবদা ঐ খুঙ্গং কয়াদগী হিংনবা উপায় লৈজদ্রবা অঙাং কয়া খোম্লুই। হৌজিক ঐগা লোয়ননা মখোয়দু লৈ, পূন্না অঙাং তরানি। অতৈ ছাত্রশিংদি লোন্নবা খুলশিংদগী কারকই।

ইনাও ইন্দু, হৌজিক্তি ঐগী ইচা অতোম্বদু ফনা চাউজরে। ঐগা ব্রারী ব্রাতাই শান্নবা হৈরে। ঐগী সংসার অসিদা ঐ নুংঙাইনা হিংলে। হৌজিক খরা হেন্না অমুক নুংঙাইহল্লিবদি নহাক্কা উনবা ফংজবসিনি। ”

ইন্দুনা থৎলকখি, “ ইয়াম্বনা থম্বীখিবা লন- থুমশিং অদুদি করিদা শিজিন্নগে খনবীরিবগে? ”

“ মদু অঙাং অহুমগী মরলনি। স্কুল অসিগী ফগুনি। ঐনা লোত্তুনা থমখিগনি। ”

“ অদুগা, ইয়াম্বা, মমাঙ পুন্সিদা থোকখিবা কেশ, ব্রাথোকশিংগী মতাংদদি খুরৌ চেন্দ্রে খনবীরব্রা? ”

“ ঐ মণিপুরগী লালহৌলূপ অনী অহুমগী মীশিংগা নিউ-সোমতালগা লোন্নবা খুলশিংদা ফম্মিন্নদুনা ব্রারী শান্নখ্রে, চামিন থকমিন্নখ্রে। মখোয়দগী তাহৌবা ব্রাফম খরদা — চহী খরগী মমাঙদা লালহৌলূপ অমনা ফাখিবা গুব্রাহাটী আই.আই.টি.গী ওজা শান্তনু মরাল অমত্তা লৈজদবনি হায়না খঙনরকখ্রে। অসিগী মথক্তা হৌজিক্তি ইনাও য়ৌরক্লে। ”

“ ইয়াম্বা নোংমা ঐঙোন্দা পার্টিগী মী খরা উনহল্লু হায়বীখি, কাউবীরমখিরোই। হৌজিক ইয়াম্বগী মাঙদা ননাউ লৈজরে। ”

“ ঐগী থম্মোয়নুংগী ব্রারোল পূম্নক উবা নহাক্কী নফমদা ঐনা করি হায়খিগনি। হৌজিক্তি ঐ সংসারসিদা নুংঙাইনা হিংবা মীশক অমা ওইরবনি। য়েংঙু, ইন্দু, ঐগী স্কুলগী লমখৈসি একর নিপাল চাউই। কায়া নুপা অমনা চহী মঙাগী মমাঙদা লৌ- ইশ্খোল ওইনবা কন্না নীল্লম্বনি। মহাক লমসি থাদোক্কুনা চৎখ্রে। হৌজিক্তি খুলনা ঐঙোন্দা পীরে। হৈকোল

লৈকোল পূম্নমকসি নৌনা অমুক শেমগৎলবনি। মথং চহীদদি অঙাং মশীং য়াম্না হেনগৎলগনি হায়না আশা তৌরি। মসিগী মতাংদা বোর্দর খুলশিংগী মিটিং কয়াদা ঐবু বার্ত্তন পীরক্লি। ”

হিপফমদা শুল্লম্বা অপিকপা অঙাং মচাদু কপ্লক্লে। ‘ বাবা ’ ‘ বাবা ’ কৌরকপনি। শান্তনু ব্রারী কয়া শান্ননীংবা লৈনা লৈনা ইন্দুদা কোন্না অমুক উনরসি হায়বা তাখি। ইন্দুগী মায়কৈদসু খঙনীংবা, তম্নীংবা, হংনীংবা কয়া ব্রাৎনা নুংশিজরবা ময়াম্ববু চেৎনা কোঞ্জরম্বা তাখ্রে। মহাকপু লাপ্না থিন্দোকপগী তাঞ্জা ফংখিদবা শান্তনু নুংঙাইতনা লেপ্পুনা লৈহৌখি।

শান্তনুগী থাপ্ল থাপ্লবা সংসাবগী চাংয়েং খোঙচৎ ওইরিবা মশাইগোন্দগী ইন্দু থাবলগী মশান্দা নাবক লম্বীদা লাক্লে। কয়াগী মতীক চিকখ্রবা, কয়াগী মতিক ফজখ্রবা অহীংনো। থাবলনা পূম্নমক শুমদুনা থমখ্রবনি। পাক চাউরবা স্কুলগী লমখৈদু চেকশিন্না শম্বল খাবা উই। স্কুলগী লম্নি হায়বদগী হৈকোল লৈকোল, লৌ- ইঙ্খোলগী লম্নি হাযবনা হেন্না নকশিন্নে। কোবী, আলু, তিলহৌ, খামেন, হব্রাই মখল- মখেল কয়াগী মনা- মশীংনা অহাঙবা মফম লৈহন্দে। শেমগৎ শাগৎলিবা ময়ামসি য়েংলুবদা শান্তনু য়াম্না লৈতানা থবক তৌবগী খুদম অমদি উরে। অদুগা লোযননা, মহাক্কী মীৎয়েং নায়েং, ব্রাঙাঙ- শাঙাঙ লালহৌবা অমগী মওংনি। হৌজিক ইন্দুনা পুখৎকে খল্লিবা ব্রাফম অসি শান্তনুগা চুনরোইদ্রিব্রা খল্লুবদা ব্রাদবা ঙমদে।

ইন্দু নোংচুপ মায়কৈ পাংনা উমং লম্বীদা তপ্না তপ্না লাক্লম্মী। মরূপ অনীনা লৈহৌবা মফম শোয়দনবা থিরকখি।

# ৩৪

ইন্দু তুরেল লাম্থোক্তুনা মরূপ অনীনা লৈহৌবা মফমদুগী মপা য়েংলম্মী। মহাক তোর্ব্বান উমং লম্বীদুদা উরু- উরু লৈদুনা নারক মোংশোংদা চৎলকপা মিনিট তরারোম ফারক্লে। অমম্বা অহীংগী অশুকপা লম্বীদা লম্মাংনগল্লি খন্না মহাক ফনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনখিবনি, য়াখিদ্রে। লম্বী অহুম শুরে ইন্দুনা য়েংলুবা, মরূপশিংনা লৈহৌবা মফম থেংনদে। মহাক শান্তনুখোয়গী ঈরানফম হিদেন অমুক নকশিন্না, হল্লক্লে, মায়কৈ অমসুং লম্বী ফজনা লেপ্পুরগে খল্লকপনি। মম্মী ক্রাইদা থিগদবসু মরূপশিংদু মদুগী ট্রেনীং ফংদ্রি।

ইন্দু তুরেল কুম্লকপদগী হন্দক্তি শোয়দনবা অতোপ্পা লম্বী অনীদুগী মনুংদগী করম্বনা চুমগনি হায়না ৱাখল তৌবদা নূং অমদা ফম্লকপা মিনিট অনী- অহুম ফারে। মহাক নীংশিংঙি, মরূপশিং বোঁদর পিল্লরদগী কিলোমিটর তরেৎলোম ম্যানমার মনুংদা চঙশিল্লগা লৈহৌবনি। নোংয়াই য়ৌদ্রিঙৈদা মণিপুর ঙমখৈ লানশিনহৌবদি ফবনি। মহাক ফুক হৌগত্তুনা ময়ায়থংবা অখুবা লম্বীদা কাখৎলম্মী।

মিনিট অহুম্লোম চৎলবা তুংদা ইন্দু খঙলক্লে, হন্দকসু লম্বী ওন্নরে। হৌজিক মহাক অকোকপা অহাঙবা মফম অমদা চৎলি। ইন্দু চপ লেপ্লম্মী, অমুক হনবা তারবদা মকোক্তা কিন্না থিন্নীংলে, শাউনীংবদা লোইরবনি। অদুবু উরক্তা উখিবা মৈঙাল অমনা মহাকপু মমিৎ খংশিং শিংহনখ্রে।

ইন্দুনা মৈঙাল উখিবদু অতোঙবা মথক্লোমদনি, তন্দন্না অদুক ঙানবদি হৌনদে, মহাক তপ্পা খোঙকাপ য়াঙ্খ্রেরোম মাঙলোমদা কাখৎলি। মী ঙাঙনবগী খোঞ্জেল তারে। মহাক্কী মরূপ অনীদু লৈরে খন্দুনা মহাক হরাউতক প্রপ প্রপ চৎলম্মী। মমি- শামি মাঙদা নুপা অনী সিগার থক্তুনা চৎপা উরে। ইন্দু চপ লেপ্তুনা অচৌবা উ অমগী মরুমদা লৈশিল্লম্মী। মহাক মুন্না য়েংলম্মী। মখোয় অনীমক কম্বেৎ দ্রেস শেৎলি, নোংমৈসু পায়। মখোয় নুংঙাইনা চৎলি, ব্রারীসু নুংঙাই। ঙাঙবা মুন্নবনা য়ু খরদি ঙাওবা মাল্লি। ইন্দু তপ্পা তপ্পা, নাশোন পিক্লা অচৌবা উশিংগী মরুমদগী মখোয়গা নকশিন্নবা হোৎনৈ। মহাক্কী নোংমৈ কাপ্লবা থৌবাংদা পায়রম্মী। মরমদি মখোয়দু মহাক্কী মরূপ নত্তে, সিগাব থকই, য়ু ঙাওরি। নুপা অমদি মখোঙ লূম্না থাংলে। মহাক লৈমায়দা কিৎ ফমথখিবদগী লেঙনীংদ্রে। মহাক্কী মরূপ্তুনা চিংখৎলগা খূৎলাই চেকশিন্না পায়নবা হায়। মরোল ফাইরবসু মখোয় অনীনা ঙাঙলিবদুদি মৈতৈলোন্নি।

খরা ঙাওবদুনা হায়, "মফম অদু য়ৌদবা শুকয়া য়ারোই হায়রিবসিনি। ঐ নুপী পাম্মী। নুপীদু মশক য়াম্না ফজবা জাৎনি। ফজৈ হায়রিবসিনি, নঙসু মদু ফংজৌ হায়বীবনি। কৈদৌনি তানগদবা পৈসা তাল্লে, লন পৈশিল্লে ইশানা ইশাবু নিংথৌ শেল্লে। মণিপুর তম্পাক্তা অঙাং থাজিন থাজিন্দুনা, ইনাকখুনবা ফম্নাইবশিংদা দিমান্দ লেটর পীশিন পীশিন্দুনা লৌশিল্লুবা শেলয়াম হৌজিকপু শিজিন্নফম খঙলিব্রো? পার্টিনা ঐখোয়বু ইথ্োক্লবনি, ঐখোয় অনীগী তুংইনবা কনাসু লাক্লে। অতোপ্পা পার্টিশিংনসু ঐখোয়বু য়েক্লবনি হায়না লাউথোকখ্রে। উমংসিদা ঐখোয় কয়া কুইনা হিংখিগনি? চেনগদবসি কদায়দনো? কবোদসু ঐখোয়গী লম্বী থিংখ্রে। হৌজিক্তি ঐখোয় তৌনীংবতা তৌদুনা নুংঙাইথোক্কদবনি। অঙাং খরা লৈরুরগা পার্টি অমা শেমগৎপা ঙম্ব্রা য়েংবা তারবনি।"

অমদুনা খুম্মী, " হেরা! অসুক ব্রারবসিদা নুপীগীদমক অদুক লাপ্পা চৎকদবা নত্তেদা।"

" এ, তনশিন্নরিবা! হোরেন নুপীদু ফানবা হোৎনবদি নঙনা হানগনি। হৌগৎলো, পূং অমদা য়ৌরগদবনি। মখোয়দু সনা লূপাসু য়াম্না

লৈরমগনি। রিফ্যুজিনি, মীরোৎনি। মফম অমদগী, অমদা মথ্বায় হিংনবা চেপ্লিবনি। মবাদু ম্যানমার আন্দোলনগী লুচিংবা ওইরমগনি। বর্মা সিফাইনা হাৎকদবগী থিরিবনি। মখোয় খোংজাই খুলমন অমগী য়ুমদা লোৎলি। মণিপুরগী লমদা, জঙ্গল ওনখ্রবা খুলদুদা হৌজিক লৈরিবসি য়ুম অমখক্তনি, মীসু লৈত্রবা। সে, হৌগৎলো।"

" ঐ পোৎথানীংলে ভায়, নঙ চৎকে চৎলুরো। "

" অস! য়ারোইনে, ঐগী তুং ইল্লু, মহৈদু ফংমিন্নসি হায়বনি। মতৈ মনাওগা মচা নুপা চহী তরারোমগী অঙাং অমগা, মখোয় অহুমনি লৈরিবদু। করিগীনো, অদুক য়াম্না কিরিবা? কনানা খঙগনি, হয়েং মফম অমুক হোংখ্রবদি খুদোং চাবদু মাঙখিরোইদ্রো? ঙাওশিন্নদুনা কান্নরোই। সনা- লূপা নঙগী ওইজৌ, ঐগীদি নুপী ফংলগা লোইরে। "

ফম্লম্বা নুপাদু ইহৈ- হৈনীংদনা হৌগৎলম্মী। মখোয় চৎপা হৌখ্রে। ইন্দু লোন্না ইন্নে।

তুংথংবনা হংঙি, " য়ুমদুবু কয়া চাউবগে? "

" কা মরিগী য়ুম্নি, থোঙ অনীনি, থোঙনাউদি কয়ানো খঙদে। উবাক্লা ফক্লাং খায়, ইনা কুপ্লি। য়েংশিনবীদবনা য়াম্না মল্লে। "

" মখোয় নোংমৈ লৈরমগদ্রা? "

" চিক্লবা মফমদুদা লোৎপগী থৌনা খূৎলাইনা পীরক্ফম থোকপনি। মখোয় অহুম পূনখ্রবদি লাকশিন্নবা হোৎনবদা নোংমৈ কাপ্পা তারক্কনি। ওন্ন-তৈননা নুপীদু শিদোকখ্রবদি করি কান্নগদৌরি। মখোয় তোঙান তোঙান তাহল্লগা খূদুম চন্নবা হোৎনসি। নুপা অদুনা কা হেননা থৌনা ফবা শারবদি মচাগা লোয়ননা কাপথোকসি। অদু ওইরবদি নুপী অদু নুমিৎ খরনিদি ঐখোয়গা লোয়নরেদনা। "

" অদুদি, নঙনা মমাঙথোঙদগী হান্না কৌ, অরাম- খৌরাংলবা মী শাগদবনি। থোঙ হাংঙু য়াদ্রবদি ঐনা মনীং থোঙদগী থীল্লক্কে। মখোয় শোয়দনা তোঙান তাগনি। মদুদসু থোঙ হাংদ্রবদি য়ুম মৈ থারগনি হায়না কিহনবা তারবনি। "

ইন্দুনা নুপা অনীদু চন্নদ্রবা, মীথীবোং, শাগেগী মৈতাল অশিবনি হায়বা খঙলে। মখোয়বু লোইশিনবনা ফরব্রা খল্লম্মী। অদুবু মরম চাদনা, মখোয়গী মরালগী সাক্ষী লৈতনা খূৎথাবা হৌনদে খন্দুনা মহাক অদুম ইন্দুনা চৎলম্মী। অদুগা ব্রাফম অমনা, অদুক য়াম্না চিকখ্রবা মফমদা চঙজফম থিবদা লোৎলিবা ইমুংদু কিমনব্রা নত্তগা থৌনা হেনমনব্র। অমদি তৌরে। মখোয়বু শাফগদবা মফমদা পুথোকপদা তেঙবাংবীফম থোকই। মরম অদুনা ইন্দু মখোয়গী লৈফম খঙনীংলম্মী। পুং অমগী মতুংদা অচৌবা সড়ক লাম্থোকপদগী মণিপুরগী ঙমখৈ য়ৌশিল্লক্কদৌবে হায়বা ইন্দুনা খঙখি।

মিনিট কুনলোমগী তুংদা অঙম্বা চীংদা হাইগৎলে। শুকপগী চাংসু হেনগৎলক্লি। শুমজিৎনা কুপশিল্লবা লম্বীদু মী চত্তবা কুইরবগী খুদম লৈ। চীংদোনগী উশিংনা থাগী মঙাল খনখিবনা মম্বদসু খোঙ থাংবা ব্রাবে। ইন্দু নুপা অনীগী তুং নক্লা ইন্নবদা য়াম্না চেকশিল্লি।

ফনা য়াম্না ব্রাংনা কাখৎলবা তুংদা ইন্দুনা খজিক্তুং হাঙবা মফম অমদা যূম অমা উবে। নুপা অনীদু পন্দনা যূম্লোমদা চঙশিল্লি। ইন্দু যূময়া নক্লা হৌবা থৈবোং পান্বী অমগী মরুমদা লুন্নগা ফল্লম্মী। নুপা অনী, অমনা মমাঙথোঙদা, অমনা মনীং থোঙদা লেপ্তুনা লৈবদু ইন্দু ময়েক শেংনা উই।

মমাঙথোঙগী নুপাদুনা খোংজাই লোন্দা, মথংদা অব্রা লোন্দা থোঙ হাংদোকপীনবা কৌরম্মী। মহাক.লম্মাংনরবা, চাবা- থকপা ফংদ্রবা মীনি, ঈশিং খজিক্তুং ওইরবসু পীথকপীয়ু হায়না কৌখি। মহাক হন্না হন্না কৌই, হায়জে, নুংশিবীয়ু থব্রায় কনবীয়ু। ইমুংদগী কনাসু খুল্লক্তে। মনুংদুসু ইমম মম্মী। পূমচিক চিক্লম্মী। মী লৈতবা যূম ওইরবদি মৈ থাদোক্লগনি হায়না মনীং- মমাঙ থীন্দুনা লাউবা হৌখ্রে। মমাঙ থোঙলোমদা নোংমৈ মখোল অনী, দং, দং তাখিবগা, মনীংলোমদসু কাপখ্রে। কন্না লাউখিবদু নুপীগী খোঞ্জেলনি। ইন্দুসু মনীং থোঙ নমখায়নবা হোৎনরিবা নুপাদুদা নোংমৈ কাপখি। ইকান কান্নদবা অয়াকপা খোঞ্জেল অহুম্না চীংনুং খোম্থাং য়ৈনা চৎখ্রবসু যূমগী মনুং অমসুং মপান্দি ইচিক চিক্লম্মী। নুপা অনী লৈমায়দা ওনবদু ইন্দুনা উরে। মহাক মমাঙলোমদা তুরিবা নুপা তম্না য়াম্না চেকশিন্না

চঙশিল্লি। নুপা অদু মথবাক্তা মখুৎনা পায়রগা থরো থরো ওল্লম্মী। চৈনা খাঙদুনা মখুৎ ন্নানা থাঙ্গৎলগা ইন্দুদা হায়রকই, " মরূপ, ঐ য়াররোই, ঐখোয় অনীগী শেল লোৎফম মরোল ইবা চে ঐগী ফুরিৎখাউসিদা য়াওরি। মদু নঙগী ওইরে। ফরে, মদুগী শরুক খরদি ঐগী ইমুংগী মীশিংদা খাইবীয়ুকো। "

নুপা অদু লেঙখিদ্রে। শিরবা নুপা অদুগী ফুরিৎখাউদগী ইন্দুনা চে লৌথোক্লে। মহাক মনীং থোঙলোমদা অমুক চৎলম্মী। মফমদুদা তাবিবা নুপাদু মহাক্লা কাপখিবনি, স্বর হোল্লমদ্রে। ইন্দু ফক্লাং উবাক অহোবদগী, য়াম্না চেকশিন্না মহাক্কী তোর্চ কাপশিন্দুনা য়েংলম্মী। মমাঙ থোঙজিন্দা, মখূৎতা পিস্তোল পায়বা নুপা অমা তাদুনা লৈরে, য়ূময়াইদনা নুপী অমা অদুগা অঙাং অমনা হিদান মথক্তা।

মনীংথোঙ নমথেক্তুনা ইন্দু ইমুং চঙলে। মমা- মপা অনীমক শিরে। নুপা- মচা অদুদি নোংমৈনা পানবগী দাগফম লৈতে, ন্নাম্ভখিবা মাল্লি। কাচিন্দা লৈরম্বা ঈশিং লৌদুনা অঙাং অদুগী মমায়দা, মকোক্তা হৈরম্মী, জ্ঞান তারকপ্রা য়েংলম্মী। অঙাংদু খরা- খরা লেঙলক্লে, স্বরসু ফজনা হোল্লে। ইন্দু তোর্চ কাপ্তুনা কাচিন কোয়া থি , ফি হাপ্লা খাউ অমগা শাউনগী বেগ অমগা থেংনখি। অঙাং হৌগৎলক্লে। মা কপ লাউদুনা চোংফম্দুনা অশিবা মমা- মপাদা য়েংলম্লগা অমুকসু ন্নাম্ভখ্রে।

ইন্দু য়াম্না থুনা শউনগী বেগ অমসুং মীফত্তশিংগী নোংমৈ অনী পূন্না ফি অমনা পুনশিল্লম্মী। য়ূম্মু নুপাগী পিস্তোল খোঙগ্রাউ ফুরিৎখাউদা হাপচিল্লি । খাউদগী অহনবা লূংগী অমা লৌথোক্তুনা অঙাং অদুগী মমায়দা ঈশিং অমুক হন্না খিক্লগা জ্ঞান তারকপা ঙাইরম্মী। অঙাংনা মমীৎ পাঙথোরকপগা মহাক মশা ফত্তবা মী নত্তে, মখোয়বু তেঙবাংবা লাকপনি হায়বা তাক্লম্মী। অঙাংদু করিসু তাদনা কপ্তুনা লৈরে। ইন্দু কান্নররোই খন্দুনা অঙাং অদুগী মখূৎ ফিনা চেৎনা পুল্লগা মনমদা থোঙ্গৎতুনা পোখৎলম্মী। মহাক অচৌবা ময়োম্বু লেংবান্দা হাপ্লগা য়ূমদুদগী থোরক্লে। অঙাং অদু কপ্লা তোক্ত্রবদি নোংমৈনা কাপ্তুনা হাৎকনি হায়না ইন্দুনা কিহল্লম্মী। ফুরিৎখাউদা পিস্তোল, ওয়-য়েৎ লেংবান্দা নোংমৈ অনী, ইন্দু খূৎলাইনা

য়োল্লবনি। মহাক মখোয়না লাকখিবা লম্বীদা চপ চানা হল্লক্লম্মী, অদুগা তুমিন চৎপগী কান্নবা খক কাউরমদে। মিনিট কুনলোমগী তুংদা অঙাংদু মখোঙনা চৎলু হায়বা য়ারে।

নোংয়াই মতুং পূং অহুম তারে। ইন্দু অঙাংগা লোয়নননা শান্তনুখোয়গী হিদেন য়ৌরক্লে। লেংবানগী পোৎ থল্লগা নূংপাক অমদা ফল্লম্মী। মহাক পোৎয়োম থোকই। খোঙগ্রাউ ফুরিৎ খাউদগী দায়রী কলম লৌথোক্লুনা তোর্চ মঙান্দা মরোল খর ইরম্মী।

‘ নুংশিরবা ইয়াম্বা, মরাইব্বক থীরবা অঙাং অসি লৌশিনবীয়ু। ’

চেনা অদু থৎলগা ফজনা থুপ্পুনা ইন্দু অঙাংগী ফুরিৎ খাউদা হাপ্লম্মী। অঙাংদা শো লোনবা শউনগী বেগ অদুসু শিন্নরে। মাঙদা উরিবা য়ূমদু তম্না চুমদ্রিং চৎখিনবা অঙাংদুদা ইন্দুনা ফজনা লম্বী তাক্লে। অঙাং মীহাৎপগী খূৎতগী নাম্থোক্লে খনবগুম অমুক ওনশিল্লমদনা চৎখ্রে।

অনীরক শোয়খ্রবা ইন্দু হন্দক্তি অচুম্বা লম্বীদু খল্লে। মহাক খূৎলাই অহুম ফংবগী নুংঙাইজবা লৈরবসু অৱাবা অমদি লোয়নদুনা মরূপ অনীনা লৈহৌফম তল্লকখি।

নোঙাল্লমদাই পূংজা য়ৌরক্লে। ইন্দুনা এ. কে. রাইফল অনী পুদুনা লাকপা উবদা মরূপ অনী পূমঙক ঙকখি। থৌদোক্কী অশেংবা ৱারীদগী খরা থৈদোক্লগা ইন্দুনা মখোয়দা পাউ তল্লম্মী। লমহেনবা অনীগা মহাক্কা লম্বীদা খূৎথোক্লবদা মহাক্লা মায় পাক্লকখি, অদুগা নোংমৈ মুল্লকখি হায়বসিদা ৱারীদু য়াম্না শমজিনখ্রে। মরূপ অনীনা মহাকপু য়াম্না থাগৎলম্মী। থাপ্লা নোংমৈ কাপ্লবগী মখোল তাবদা মখোয় মীপাইখিবগী ৱাসু তম্নরে। মখোয় মণিপুরগী ঙমখৈরোমদা লাকপা হৌরম্মী।

নোংঙাল্লবসু মখোয় অহুম নুমিৎ মশক উবা ইফং ফংদে। শুক্লবা উমংগী মথক্তা মরোল মরোল নাইবা লৈচিলনা মতম কুইনা কুপ্পুনা থমখ্রবনি। ঈচেল মচা অমা ফংবগা মখোয় মমিৎ মমায় তাথোক্লুনা অরাম্বা কোক্লবা শান্তনুনা পীরকপা তল অমসুং লফোই লৌথোক্লুনা চারম্মী। ইন্দু ফুরিৎখাউদা হাপখিবা চে অমা নীংশিংলকই।

মহাক চে লৌথোক্লুনা য়েংলম্মী, শেংনা পুক্লীং চিংশিন্নিঙাই ওই।

ইংরেজি লোন্দা পোৎ লোৎপগী মরোল ইবা রিপোর্টনি। লাইরিক য়াম্না হৈবা, হীরমসিদা ট্রেনীং ফজনা তৌরবা মীগী খুৎইনি। মরূপ অনীদুসু চেদু য়েংঙি, অদুবু করিসু খঙদবনা ঈচেল তম্না কূমথখ্রে। ইন্দু পুক্লীং চঙনা পারম্মী।

| | | |
|---|---|---|
| পৃথি বীগী লমখৈ শরুক | : | অসিয়া। |
| দেশ | : | ইন্দিয়া। |
| ষ্টেট | : | মণিপুর। |
| দিষ্টিক্ত | : | চান্দেল |
| ব্লোক | : | খেংজোই |
| খুঙ্গং। | : | মোলচাম |
| খঙবদা লায়বা লেঙদবা মফম | : | তুরেল |
| লেপকদবা মফম | : | বাউণ্ডরী পিল্লর ৬৭ |
| মায়কৈ | : | নোংচুপ (প্রিজ কম্পাস) |
| অরাপ্পা | : | মি. ২০ (কুন) |
| মফম | : | মি. ১ x মি.১ |
| অরুবা | : | মি.১ |

ইন্দু চেসি অচম্বা নত্তে, মমল লৈবনি খঙলে। নুপা অনীদু লালহৌলূপ অমদগী তোখাই তারকপা, অচৌবা ফম পায়রম্বা, ডাকু ওল্লবা মীশক্তি হায়বসু খঙলক্লে। নুংঙাইজদবদি মখোয় করি লমদগীনো, করম্বা পার্টি য়াওরম্বনো হায়বা খঙহৌনবা তাঞ্জা ফংখিদবদুনি। হৌজিক মহাক অচৌবা খূৎলাই অনী মরূ কুনগা লোয়ননা, অপিকপা অমসু মরূ মরিগা, মহাক্কী পার্টিদা শিন্নগদৌরি হায়না নুংঙাইবা পোক্লম্মী। চেগী মতাংদদি অশেংবা পোৎশক উদ্রিফাওবা ফোঙদোকখিরোই খল্লে।

ইন্দুবু মরক মরক্তা থম্মোয় নুংদগী মায়থোং ফাওনা মোমোন মোমোন নোকহল্লিবদি শান্তনুগী লৈফম খঙলকপনা ওইরি।

অহুমশুবা কেম্পকী কমাণ্ডরদা ইন্দুনা নোংমৈ অহুম ফংলকখিবগী রিপোর্ট অমসুং থৌদোক ব্রারী ইবা চে পীশিল্লে। ময়াম্না

হরাউবা ফোঙদোক্লম্মী। কেম্প অদুদা মখোয় নুমিৎ মবিনি পল্লন্নগা চৎনবা থৌরাং তৌরে। মখোয় মশাগী কেম্পকীদমক খোঙশানবা হৌরকখি।

অপনবা লৈতনা লাকখিবা ইন্দুগী মী অহুমগী কাঙবু মঙানিশুবা নুমিৎতা পম্বুংফম যৌখি। মখোয়দা মতম খরা পোৎথানবা পাউতাক পীরকখ্রে।

মবক অসিদা মীশীং কুনগী পাঙ্গল হেনগত্তুনা কেম্প ঙাক শেনবগী থবক কনশিল্লকখি। অফ- অফবা খূৎলাই কযা থুংলরে। টু ইঞ্চ অমসুং থ্রি ইঞ্চ মোতোবশিংগা লোযননা বোকেট লোনচব কয়া পৈবে। অথু- অহা থবকশিংগীদমক শগোল মবি, মোতোব সাইকল তকুক থল্লি। পূম্নমকসি ম্যানমাবগী বাজনীতি সমস্য যেংলগা লাঙশিনবনি হাযনা কেম্প- ইন- চার্জনা ইন্দুদা তম্লম্মী।

অনৌবা ম্যানমাব মনুংগী কেম্প অসিদা লেফটিনেন্ট বালাগী মথৌ হাযনিঙাই লৈতনা চিল্লম্মী। অহীং নুংথিল এবিত্রল সেট থাদোকপা যাবমদে। মোবস কোদতা বালাগী হৈশিংবসি মযাম্না ঙকই। হৌজিক ইন্দুনা মহাক্কী থবক পাংবীবদগী পোৎথাবা খবদি ফংলে।

নোংমদি ইন্দুগা বালাগা চাকচাফম তিন্নবম্মী। মখোয় অনী নাইতোম তাবগী খুদোংচাবা যেংদুনা ইন্দু ব্রা খবা হৌদোক্লবা হোৎনরকখি।

ইন্দুনা হায, " বালা, ঐ হৌজিক যাম্না নুংঙাইরে, ইয়াম্বা শান্তনু থেংনবে। "

বালা থাঙ্গৎলকপা চখোম চপ লেপ্পি, হংলকখি, " নুপাদু তশেংনা শান্তনু ওইরম্লব্রা? অসুক তপ্না তাকপীরক্লিবনা কবিগীনো? "

" ডা. শান্তনু! নত্তগা দিলিপ! মহাক্না ঐঙোন্দগী করম্না লোৎকনি। মরাল ইবৈ লৈজদবা ইয়াম্বদু অব্রাবা যাম্না খাঙখিরম্লে। হৌজিক্তি অচুম্বনা মহাক্কী মীচংদা লেপ্পীরবা মাল্লি। পাউ অসিগী মখা তাবদা নহাক্না ঐগা ব্রা খরা হাযনগদবা লৈবনা ঐ তাঞ্জা য়েংবদা খুদক্তা তম্নীংখিদে। "

" মমল যাম্লবা পাউসি সারনা ঐঙোন্দা তম্বীবগীদমক হন্না হন্না থাগৎচবি। হৌজিক মহাক করম্না হিংলিবগে? " বালা চানা চানা ব্রাবী

মখা চৎথনবা ইন্দুদা য়েংলম্মী, " মহাকপু খুরৌ চেন্দ্রবা মীশক্লা, নত্ত্রগা মীরোৎ ওইরিব্রা? "

" মহাক মচাশিংগা নুংঙাইনা লেল্লি। " বালাগী পাখৎপদা লোয়নরকপা মকশিনখিবা মায়থোংদা য়েংলগা ইন্দু মোমোন নোক্কুনা মখা তায়। " য়োকহৌরিবা অঙাংশিংদু মশীং য়াম্মী। করম্বা কাঙলূপ্না মহাকপু মরাল লৈ হায়খিগদৌরিবগে? মহাকপু গুৱাহাটীদগী ফাদুনা পুরকখিবা কাঙবুদু ঐখোয়গী পার্টিগী মীশিং ওইরম্লে। পার্টিনা চিংনখিবা মরাল অদুগী হৌরকফমদি ঐ হংখিদে। অদুবু বালা, মঙোন্দা শীরিবা মরাল য়ৃম্ফম যাওদবনি হায়বা ঐখোয়গী অহলশিংনা খঙখ্রে। ঙাইখো, ৱারী শাংঙি, চাবা লোইশিনখিসি। "

ওফিসর অনী চাবা লোইবগা ফমফম হোংলম্মী। নানৌনা যোল্লবা উতোনশিংদা য়োংশিংনা শান্নবা যেংলম্বদগী ইন্দু অকুবা মথৌ অমা ওইনা শান্তনুনা মঙোন্দা লীরকপা ৱারী পূম্নমক, মতাং অমত্তা চিৎথদনা বালাদা তল্লকখি। বালা ৱারী তাবদা স্বর হোনবা কাউখিবগুম তৌই, অৱাবা শকুক যাবদা মীহুল দং দং চোংলম্মী।

" সার, ঐ য়াম্না থুনা ডা. শান্তনু উনবা পাম্মী। " বালানা হায।

" ইয়াম্বদুগীদমক ঐনা ইহান হান্না তৌগে খল্লিবা থবকসি নহাক্না উনহনবনি। ৱাফমসি, মমাঙদা, মতাং ইচা চাদনা, অদুগা হৌজিকসু নৌহৌনা হৌদোকপগীদমক নহাক ৱাবৌগনু। "

" ঐগী নিঙাইনা চপ চানা ৱাহনখ্রে, শাওবীবা য়াদে, ঙাকপীযু। সার, মহাক্কী লৈফম য়ৌবা খোঙচৎ অমদা লমজীংবীয়ু। "

" মদুগীদমক ঐ নহাকপু লৌবা লাক্লিবনি খল্লো। "

মখোয় অনী মফম খঙদনা নোকমিন্নখি। ৱাবী লোইশিল্লবগুম মথৌ চিল্লবা ওফিসর অনী হৌগৎনরে।

থাখায় অমা হৌখ্রে। থবক চিনমনবনা মরম ওইদুনা, ইন্দুগা বালাগা তোয়না থেংনরবসু, ঙাইহাক্কী মতম ফম্মিন্নবা ফংলমদে। মবকসিদা মেজর ইন্দুনা মথক্লোমদা ৱারোল খরা খন্নবীনবা লানখৎখি— মোলচাম অমসুং চাংপোল অনীগী মরক্তা মতম খরগী কেম্প অমা হাংদোকসি,

মদুনা পার্টিদা পীগদবা খুদোংচাবা ময়াম অমা কুপ্না হায়খি।

ব্রাফম অসি পার্টিনা য়াবীবগা লোয়ননা, মফম লেপ্পগী থবকসু ইন্দু মশাদা শিন্নরকখি। থবক অসি পাঙথোক্লুবা খোঙচৎকীদমক মহাক্কা মী তরামঙা লোয়ননবগী অয়াবসু পীরকখ্রে।

পাউ অসি বালানা সেটতগী ফংবগা কেম্প কমাণ্ডরদা হায়জখ্রবনি, মহাক নিউ সোমতালগী লমদুদা অমুক্তংগা চৎনীংলি। মহাক্কী অপাম্বসি কমাণ্ডরনা মেজর ইন্দুদা খঙহনখ্রে। অরোন- অথুপকী চৎনবীদা ইন্দু মহাক্কা লোয়নগদবা মীশিংবু মাগী মাগী বেবেক্তা চত্তুনা তোঙান তোঙান উনরগা পাউ পীবা হৌরম্মী।

অয়ুক্তু ইন্দুনা মহাক্কা চৎমিন্নগদবা কাঙলূপকী টু- আই- সি ওইগদবা লেফটিনেন্ট বালাগা বেঞ্চ অমদা ফমদুনা ব্রা তান্নে।

ইন্দুনা হায়, " চৎকদৌরিবা লমদম অদোমদা ইন্দিয়া অমসুং ম্যানমারগী ফোর্স য়াম্না থোমজিনখ্রে হায়বা পাউ লৈ। "

" সার, হন্দক্তি পাঙ্গলসু ফৈ, খবা শম্বা লম্বী য়েংসি। "

" অসিগুম্বা খোঙচত্তা চঙগদবা মতম লেপ্পা ঙম্ব্রা? বালা, নঙেন্দগী ঐনা হেন্না ইযাম্বদুগী মনাক য়ৌনীংলিবনি। ঙাইঙমদবা ফত্তে। "

বালা নোক্লকখি, " তশেংনা ঐ হৌজিকমক মনাক য়ৌনীংলে। মদুগী মরম সারবু খঙহন্নীংবগী ঙাইঙমদবসু য়াওরি। "

" মসি ঐখোয় অনীগী লনাই খোঙচৎ নত্তে, পার্টিগী থৌদানি। "

" অহলশিংগী য়াথং নত্ত্রবদি ঐ য়াওজরম্লোই। "

" বালা, নহাক্না হায়নীংলিবদু ঐ খঙই। অদুগা নহাক ঐগী ব্রাসু খঙবীয়ু। থবক অদু পাঙথোকপনা ঐগী ইথৌ, জতিগীদমক পুন্সি কৎপনা অরোইবা পম্বুং। "

" ও! সার! ঐবু মতম পুম্নমক্তা হরাউহনবীয়ু, পুক্নীং ব্রাহনবা ব্রাহৈশিংদু পনবীগনু। "

" ফরে বালা, ঐখোয় মফম অসিদগী তম্পাক লম্বী অশাংবা ইল্লগা মোরে হেক্তা তম্লসি। মোরেদগী করম করম্বা শক্তিমান গাড়ী

মখারোমদা চৎকদৌরি হায়বদু খঙদোক্লগা লক্ষ্মীদা ঙাইরসি। মখোয়গী নামৎ মাঙহল্লোই, ভারা চাউনা পীগনি। মখোয়নবু থিনবীরবদি চাংপোল য়ৌবদা মতম কুইনা চঙলরোই। য়ামদ্রবদা ঐখোয়গাড়ী অহুমদি ব্রায়বা তারে। শেলগী থৌরাং ঐনা তৌগনি। ”

“ সারগী য়াথংনি, ঐখোয়গীদি ইঞ্জগদবনি। ”

“ ফরে, ব্রাফমসি থমখিসি। বালা,” ইন্দু অনৌবা ব্রারী অমা হৌদোক্লীংবগুম য়েংলকখি, অদুগা য়াম্ন চেকশিনবা শকফমসু উৎলি, “ নঙোন্দা ঐ ব্রা অমা হংনীংঙি। ”

“ করি ব্রানো, তাকপীয়ু, সাব। ”

“ গুব্রাহাটী আই.আই.টি.দা প্রোফেসার ওইরম্বা ইযাম্বা শান্তনুগা ঐগা অসুক যাম্না নক্লবা মরী করম্না লৈনবল্লিবনো হায়বা নহাক্না ঐঙোন্দা কবিমত্তা হংদ্রিবসি করিগীনো? ”

“ ঐ খুমজগে। ব্রারৌবীবদি যাদে। ” বালাসু চেকশিন্না ঙাঙঙি। তামোনা পার্টিগী থৌদাদগী মহাকপু গুব্রাহাটিদগী ফাদুনা পুবকখি। ব্রাহং পাউহং চৎথরবা তুংদা, মমৈথংদা, মরাল লৈতে হায়বা খঙলকপদগী মহাকপু ইজ্জৎকা লোয়ননা থাদোকখি। মদুগী তৌবীমল উৎপদা ডা. শান্তনুনা খূদোপ অমা তামোদা পীরম্মী। ইকাইবা নংলবা সাইন্টিষ্টতু মরূপ মপাংশিংদগী লাপথোক্না পুন্সি অমদা লেনশ্নগে খনখি, লোৎখি। মদুগীদমক হৌজিক ফাওবা নীংঙমদবা অমা সারদা লৈরি। ”

ইন্দু কন্না নোক্লম্মী।

“ ও! নহাক্না কয়াগী মতীক ব্রারৌরল্লিবা । মদুনা নহাক্কী পুন্সি ইচেলসু ওস্থোকখি। ” ইন্দুনা হায়।

“ ব্রাখল অদুদি লাল্লি। ” বালানা খুন্মী।

“লান্দে, নখোয়গী ইমুংবু তুম্না মাঙহন তাকহন্নবা শীনবা মীশক্কী মথক্তা লমন শিংবগী ব্রাখল থাদোক্তুনা নহাক্না শান্তনু থিবগী মরম ঐ খঙঙি। মসিনা ঐবু নুংঙাইহল্লি। ”

বালা ইকাইবা খাঙবগুম মায়থোং লাংশিল্লি, ইন্দুদা ঙক্লসু য়েংলম্মী।

# ৩৫

ডা. শান্তনু লৌ ইখোলগী থবক্তা পাঙ্গল য়াম্না শিজিন্নখি। স্কুলগা নক্লনা শাবা মহাক্কী য়ূমগী মনীংদা শঙশাং অমসু শাগৎখ্রে। উবাক অমসুং উশাংনা লন্তক ফক্লাং খাবা শঙ অদুগী কা অহুম থোক্লা খায়দোকই। অহানবা কাদা ইরোই অনী, ময়ায় থংবদা চাজেনবী ষনবী অনী পুল্লি। অদুগা অহুমশুবা কাদুনা শজিক্লচিংবা পোৎ থস্ফম শেম্বনি।

মহাক্কী স্কুলগী লমখৈসি নোংচুপ অমসুং মখা থংবা শরুক্তি উমংগা তাইনৈ, উশাংনা চেকশিন্না শম্বল খায়। অৱাং অমসুং নোংপোক্তি তুরেলনা মরম ওইরগা শা-ষণ লানশিল্লকপা ঙম্বগী ৱা লৈতে। লৈতেম মান্নবা তময়াগী লমদমদু নোংজুথাগী মতমদদি অতোঙবদগী লোক মচাশিংদা চেম্থরকপা ঈশিং মরাং কায়না ফংঙি। ঈশিং ঈচাও থোকপদা লৈঙোই তোযনা হাখিবনা লৈহাও য়াম্না লৈ। ফৌগী লৌবুক শেম্বদা মহৈ ফজনা চায়। অতৈ মনা-মশীং মহৈ- মরোংশিং থাবদসু অদুম পক্লে। শান্তনু নোংমদা পূং মবি পাঙ্গলগী থবক শূরম্মী ; মরিনা অঙাংশিং লাইরিক তম্বী ; অহুম্না ফি-রোল শূবা, ঈরু-মায়থজবা অমসুং চান থক্লবা লাঙবদা কাইথোক্লম্মী। অরেম্বা মতমদু পোৎথাবা, লাইরিক পাবা, মরূপশিং উনবা অমসুং তূম্নবা থম্মী। মরম অদুনা মহাক পূং মরিদা হৌগৎলি, মঙাদগী থবক হৌই। স্কুলগী মমাঙমক্তা লৌবাক অমরোমগী চাং ওইগদবা শান্নবুং অমা খাক্লুনা নান্না থল্লিবা মফমদুদা মহাক অঙাংশিংনা শান্নবদসু য়াওরম্মী।

শান্তনুগী ইরোই অনীনা লৌ পরী অনীরোম মহৈ মরোং থানবা খোইদোকপদা অৱাবা ওইদে, মতম শাংনসু চঙদে। মহাক্কী চাজেনবী ষনবী অনী শঙ্গোম য়াম্না থোকই ; মখোয়গী ইমুংগীদমক মরাং কায়না কোন্নে, অরেম্বশিং খুঞ্জাশিংদা পীবসু ঙম্লে। শা ষনশিং অসি শেনবগী থবক অহানবদা স্কুলগী অঙাংশিংনা তৌরম্বনি, হৌজিক্তি নুপা অনী থমদুনা লৌ ইস্খোলগী থবকসু য়েংশিলহল্লে। মরক মরক্তা অঙাংশিংনা শজিক ফানবদা মতেংদি অদুম পাংলি। চাক থোংবা, ঈশিং লুম্বা, অমসুং অতৈ থবকশিংদা শিজিন্নবা শীং চনবগী থবক্তি মহাক্কী অঙাংশিংবু পালি নাইনা, মী অহুম অহুমগী কাঙলূপ খায়দোক্কুনা তৌহল্লম্মী। মদুগী মতম নুমিদাংৱাইরম পূং অনীদগী হেন্না কাইথোকহন্দে।

শান্তনু চহী অমদা ফৌ মন চাম্মগা কুন, আলু মন তরা, তিলহৌ মন অহুম, শগোল হৱাই মন মঙা অমসুং হঙ্গাম মরু মন নিপান লোকপা ঙম্নবা হোৎনৈ। মসিগী মথক্তা মহাক মতম মতমগী মনা-মশীং, হঙ্গাম, কোবী, খামেন, শিং, চনম অমসুং ফদিগোম্নচিংবসু মরাং কায়না থারম্মী। অহানবা চহীগী চাংয়েংদা মায় পাকখ্রবনি। মখোয়না পুথোকচবা চিঞ্জাক্লা মহাক্কী মী তরানিথোইগী ইমুংগীদমক্তদি লেম্না পানা কোন্নৈ। তুরেলদা পল থিংলগা শেম্বা শোঙগী লাং অমসুং লূদগী ফাবা ঙা অঙাংশিংদা মরাং কায়না পীজবা ঙম্মী। অদুমকপু মহাক্লা অঙাংশিংবু শা-উচেক চাবদি থিংলম্মী। অদুগা মচাশিংবু মতম পূন্নমক্তা লুমথোক্লবা ঈশিং পীথক্লম্মী।

শান্তনুগী অঙাং অনী-অহুমদি লাং থাকপা য়াম্না পাম্মী, হৈসু হৈ। করম্বা চীংগী লোক্তা, করম্বা উমংগী মফমদা লাং থাক্কদগে হায়বদু মখোয় খঙভি। মদু মখোয়না য়াম্না হরাউনা শান্নবগী শরুক অমনি। মরম অদুনা, শান্তনুনা মখোয়গী থবক্তু কন্না থিংলমদে। মখোয়গী লাংদা থুবা লময়েন ফজ ফজরবা ময়াম পুরকখ্রে। খরদি পোলাংদা হাপ্তুনা য়োকপসু য়াওরি। মখোয়না খোংবা তাবদা পাইরকখিবা লময়েন লাবা অমসুং অমোম কয়া মখোয়গী শুমাঙদা চাক্তারবা য়াওরে।

শান্তনুগী ইমুং অঙাং অহুমগা শেমগৎলকপনি। হৌজিক্তি অঙাং নিপাল অমগা হেনগৎলকখ্রে। মখোয়বু য়েংশিনবীবগী থবকসি মতম অমদা

মহাকপু চঙজফম পীবীখিবা ইমুংসু য়াওরি। ম্যানমারগী তোঙান তোঙানবা খুঙ্গং অহুমদগী নুপা মচা অহুম, মণিপুরগী ঙমখৈ লমদগী মরি, মহাক্না পুরকপনি, য়োকপী-থাকপীনবা কনা লৈজদ্রবশিংনি। মমা-মপা লৈজদ্রবা তোল্ল-তারবা অঙাং কয়া অমা লাক্কদবা লৈরি, পাউ চৎনখ্রে। অদুবু অকোনবা অঙাং অনীনা মহাক্কী ইমুংসিদা পূল্লবগী ব্বারীদি খরা তোপ্পী, অঙকপগসু লোয়নৈ। মখোয়না লাকখিবগী মতমসু য়াম্না কান্নখিদে। ব্বারীদি অসিনি —

কবো অঙাং খরনা লং নত্ত্রগা থৌরীগী লাং থাক্কুনা উচেক ফাবদা য়াম্না হৈবগুম মণিপুর ঙমখৈগী অঙাং অনীনা কোমগী লাং শেমদুনা শা ফাবদা হৈ-শিংঙি। মখোয়গী পামজবদু য়েংলগা মদুসু শান্তনুনা থিংখিদে, তৌবতবু মখোয় মতম য়াম্না মাঙহনবদি মহাক য়াখিদে।

কোমগী লাং থাকপদা হৈনবা চহী তরামাথোইগী অঙাং অনীনা মফম অমা খনখ্রে। লম্বী অমনবা অমগী মপা য়েংলগা চপ য়ুংন্না, শিং নান্না, ফুট মঙা পাকপা, তবেৎ শাংবা নিপান লুবা কোম অমা মখোয় অনীনা শজিবু থা চুপ্পা তৌরম্মী। কোমগী মথক্তা অপাবা কবাক খবাইনা কুপ্লগা মথক্তনা উনা-ব্বানা চাইশিল্লগা শেম্বা লাং অদুদা ইহান হান্না লমওক অমা থুখ্রে। মদু খুলদা পীথোকখি। মথংদা শাজল হাতম অমা থুরম্বদুদি শান্তনুনা থাদোকহনখি।

য়ূমদগী পূংখায় অমগী মতম চৎলগা লৈবা লাং অদু অঙাং অনী থবক চিনমনবনা নুমিৎ নীনি য়েংলুবা ঙমখিদ্রে। ময়ামদগী খরা ঙম্তক হৌগৎলগা নুমিৎতুদি মখোয় মল্লি মল্লিবা মতমদা লাং য়েংবা চেল্লক্লম্মী। কোম্মায়গী উনাশিং ইচাই চাইখাইরম্বা উরে। খরাইসু তেক্লে। কোম মনুংদা করিনো অমদি শোয়দনা লৈরম্লগনি খন্দুনা অঙাং অনী চেনশিন্দুনা য়েংলম্মী। অমম্বা কোম মনুংদা উনবা য়েংলুবা মখোয়গী মীৎনা য়াম্না থীনা খংহনখ্রে। মখোয় কিমনবদগী তুংলোমদা চোংথোক্লম্মী।

খরা ব্বাংবদুনা হায়, “ ফি শেৎপা শানি। ”

অপিকপদুনা চৈ, “ অপঙ, শা নত্তে, ভুতনি। ”

“ ই! ভুতনবু করম্না ... ? মখোয়দি পাইবসু, মাঙবসু ঙম্বনি। ”

" থাজদ্রগা য়েংলুচো। "

" অদুদি য়েংসি, নঙসু লাও, শানি হায়বা থাজদ্রগা। "

অঙাং অনী কিনা কিনা চঙশিল্লম্মী। মখোয়না অতেকপা খরাই অহোবা মপাদগী য়েংনবা নোঙ্খিবগা তাইবং মীনা কপ্পগী খোঞ্জেন্দা তম্নবগুম নাহেরকপনি। হন্দক্তি মখোয় অনী হৌদুনা চেম্থোরক্লে। অপিকপা অঙাংদুসু ভুত ওইরমগনি হায়বা থাজরক্লে। নক্লা লৈরম্বা নূং অমা য়াম্না ৱানা থাঙ্গৎলকই।

" অসি থাদরুসি। " অপিকপা অঙাং কোম্লোমদা চঙশিনগে তৌই।

" করিগী? " অৱাংবদুনা থক থক নিক্লা হংঙি।

" ভুত হাৎসি। "

" বুদ্ধু! কনানা ভুত হাৎপা ঙম্বগে? তাল্লক্ত্রিঙৈদা চেলহৌরসি। "

অপিকপা অঙাংদু নুঙ থম্মী, মাঙদা চেল্লিবা মরুপ্পু তান্নরম্মী। উরু-ৱারু, নূংজাউ কয়া লান্না চোং চোংদুনা চেল্লকখিবা অঙাং অনী স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা মখোয়গী বাবা শান্তনুগী মনাক য়ৌবক্লম্মী।

শান্তনুনা অঙাং অনীগী মতৌদা ঙক্লা য়েংলগা হংলম্মী " কৈদৌরে? "

অৱাংবনা তম্মী, " বাবা, ঐখোয়গী লাংদা ভুত থুরে। "

অপিকপদুনসু পাংশিল্লকই, " ফি শেৎপা শাদু তাইবং মীগুম কপহৌই। "

শান্তনুগী নোক্লীংবা অৱাবদা ওম্থোকখ্রে। মহাক ইমুংদা চঙদুনা লূংগী অমা লৌরগা খরা চাউবা অঙাং অহুম য়াম্না থুনা মতুং ইল্লক্লবা কৌরম্মী। পম্ভবা তৌদনা শান্তনু অঙাং মঙাগা লোয়ননা লাং থাকফম তম্না চেল্লক্লম্মী। মাঙ চিংলিবা লাং মপু অঙাং অনী মপাংশিংনা হংবদা খুম্নীংদে। হৌজিক কোম লৈফম য়ৌরক্লে।

অৱাংবা অঙাংনা য়াম্না হঙ্গোইনা কোম্লোমদা মখূৎ থিন্দুনা হায়, " বাবা, মনুং অসিদনি ভুত লৈরিবসি। "

অপিকপনসু তাকই, " ভুত্তু কপ্লকনি। "

উনানা তঙ্খাই কুপ্লিবা অতেকপা খরাই য়েংলগা শান্তনু প্রপ প্রপ চঙশিল্লম্মী। মতুংদা অঙাং অমত্তসু ইল্লক্তে। মহাক উনা, উশা-ৱাশা অমসুং খরাই লৌথোক্লগা কোম মনুংদা মুন্না য়েংলম্মী। য়াম্না পুক্নীং চঙনা মিনিট অনীরোম য়েংলবা তুংদা শান্তনু হৌগৎলক্লে।

শান্তনুনা কৌরকই, " নখোয লাও। মসি ভুত নত্তে, শাসু নত্তে, তাইবং মীনি। নখোযগুম্বা অঙাংনি। "

অঙাংশিংদু হেন্না হেন্না কিরবগুম চপ লেপ্তুনা লৈরবদা শান্তনুনা অমুক্কসু কৌশিল্লি।

কোম মপান্দা অঙাংশিং কোয়না য়েংনরক্লে। মখোয় কিবা ফববসু পাখৎপদি য়াওবি। তাইবং মীগী খোঞ্জেল তাবদা কোম মনুংগী অঙাংদু মখূৎ য়েৎ খজিক্তং থাঙ্গৎলগা কপ্লকখি। মমীৎতি পাঙবা উদে।

শান্তনু অনকপদা তারম্বা লম অমবোম শাংবা উশা অমনা পাম্বৈ ওইবগা কোম মনুংদা কূমথরম্মী। মহাক্না অঙাংগী মশা পায়দুনা য়েংবদা উনমুক ঈংলম্লে। মশাদগী চেম্থ্নখিবা ঈদা ককচেং অমসুং লৈশৌনা য়োল্লি। চহী তরামাথোই-তরানিথোইরোম শুরগদবা নুপা মচা অদু শান্তনুনা কোনখৎলগা শোকফম য়েংলম্মী। মহাক্কী খূৎ ওয় তেক্লে। য়েৎথংবা ফৈগন্দা ৱাচেৎনা লেংখিবগী মখুল লৈরে। অশোকপা অনী অসিনা পাঙ্গল য়াম্না মাঙহনখ্রবা অঙাংনা হৌগৎলগা কাখৎনবা উপায় থিবা ঙম্লম্লরোই। ঈ য়াম্না থোকখিবনা মহাক লেঙবগী পাঙ্গল ফাওবা মাঙখ্রবা ওইরমগনি।

শান্তনু মঙক্তা য়েৎপা লূংগী লৌথোক্তুনা অঙাং অদুবু নমদা পোখৎলম্মী, অদুগা লাউরকখি, " নখোয় উরী থিয়ু। ঐবু য়াম্না থুনা চিংখৎলু। "

" উরি নক্তবসু উদুদা পায়বীয়ু, বাবা। "

" নখোয় ঙমগদ্রা? "

" ঙমগনি বাবা। "

শান্তনু মচাশিংগী পাঙ্গল অদুক য়াম্না কল্লম্লগনি থাজদে, মখোয়না

ইরায় লায়না চিংখৎলে।

শান্তনু য়ূম্লোমদা য়াম্না থুনা লাকখি। অঙাংশিংনা বাবাগী মতুং ইন্দুনা চেল্লক্লি। বাবানা পোরিবা অঙাং অদু ভূত নত্তে হায়বা মখোয়গী ব্রাখন্দা তঙ্খায় য়ৌনা য়াবা ঙমদ্রিবনি। মখোয় ঙকপদগী কিবনা হেল্লি।

য়ূম য়ৌরে।

" নখোয় ঈশিং শাহল্লু। " শান্তনুনা হায়, " লূংগী অমগা পুরকউ। "

বাবানা হায়বা থবকশিং পাঙথোক্লবা মখোয় কোয়চেন চেন্নরম্মী। অঙাংদুগী শেগায়রবা ফুরিৎ খোঙগ্রাউ শূদবা য়াম্না কুইরম্লগনি, মনম চেল্লে। মদু শান্তনুনা মথং মথং লৌথোক্লম্মী। মপুক হান্নবা অঙাংগী মকোক নত্তনা হকচাংগী মফম পূম্নমক নুরানা য়োল্লে, কুচু মুরমদ্রবদি মোৎপগী চাং খরসু হেন্না উরমগনি। মমীৎ ইকুৎ কুৎলি। মখোঙ শাংঙি, মপুক্তি ইহাম হাল্লে। মহাক্কী মীৎপান অনীমক য়াম্না থাগৎলে। তুমিৎ, কাঙ অমসুং ককচেংনা চিকপগী মুশুক মুশুক খামহৎলবনি। শান্তনুনা ফৈগনগী অশোকপদা ব্রাচেৎ মশিং লৈরিব্রা য়েংঙি। করিমত্তা উদ্রে, নাইদি চারক্কদবা মাল্লি। ওয় খুদাংদি কোনবতা নত্তনা চাউনসু পোল্লে।

শান্তনুনা অশাবা ঈশিংনা সাবোন শিজিন্নদুনা অঙাং অদু য়াম্না ফজনা ঈরুবীরে। মহাক জ্ঞান মাঙবদি নত্ত্রি, ঙাঙথোকপা ঙমদবগী ব্রানি। মচীন্দা শঙ্গোম চামচনা তপ্না তপ্না ইনবীরম্মী। অঙাংদু খরা খরা লেঙ ওৎপা হৌরক্লে। মহাক্কী শকফমদু শান্তনুনা মুন্না য়েংঙি। মনা হূৎতে, তামিল নত্ত্রগা মৈতৈ পাঙলগা হেন্না নকশিন্নরি। মরম অদুনা মহাক মৈতৈলোন্দা হংবা হৌই।

" অঙাং নঙ কদায়দগীনো? "

অঙাং কপ্পনা হেল্লি, করিনো খরা ঙাঙলিবদুসু মরোল ফাইবনা লৌশিনবা ঙমদে।

অঙাংশিংনা অনাবদু শঙ্গোম পীথকপা কন্না হোৎনৈ। পূংখায় . অমরোমগী তুংদা মমিৎ তরু তরু পাঙলে। মহাক শান্তনু অমসুং মনাক্তা লৈরিবা অঙাংশিংদা য়েংবা হৌরক্লম্মী। কপ্পগী খোঞ্জেলসু চুল্লে।

শান্তনুনা হংঙি, " নমিং করি কৌই? "

" হুসেন। "

" নয়ুম কদায়দা লৈ? "

" সোরা, পাঙল খুলনি। "

শান্তনু মখা হংথদ্রে। থাপ্লবা মণিপুরগী তম্পাক খুঙ্গং সোরাদগী অঙাং অসিনা শুক্লবা উমংগী কোমদা তারবগী অৱাবা অমসুং খুদোংথীবা খোঙচৎ ৱারী অমা লোয়নরম্ফম থোকই।

মণিপুর ঙমখৈগী অঙাং মরি নত্তনা অতৈদি ঙাঙনরিবা লোল করিসু খঙদে। মখোয়গী বাবানা অঙাং অদুগীদমক চান-থক্লবা খরসু য়াম্না থুনা লাঙহল্লম্মী।

থৌদোক অসিনা মরম ওইহবগা লাইরিক তম্বা অমসুং অতৈ থবক পূন্নমক নুমিৎতুগী ওইনা লেপ্লে। শান্তনু অয়ুক্কী চাবা তোক্লগা খাউদা থাঙ অমা হাপ্তুনা নোংচুপ চীংয়া উমং তম্না লাক্লম্মী। মফম অদুদা মাইহবশিংনা শিজিন্নবা, খোঙ-তেকপদা থোম্নবা লৈবী উরী হায়বদু থিরম্মী।

পূং অনীগী তুংদা শান্তনু লৈবী উরী মকক তবামুক খাউদা হাপ্লগা হল্লক্লে। যূমদা অঙাংশিংনা অনাবা সেবা ফজনা তৌরম্বা উবদা মহাক য়াম্না হৱাউখি। অদুগা লোয়ন-লোয়ননা অনাবসু মশা কনখৎলকপগী ফিভম উই। তেক্লবা খূৎতু মফম চানা থল্লগা, ঈশিং লূপ্তুনা কুপ্না শুগাইরবা লৈবী উরী থোম্লম্মী। মদুগী মথক্তা ৱাচেৎ কুঙনা য়োল্লগা চেৎনা পুনশিল্লম্মী। মথংদা ফৈগনগী অশোপা মফমদু লশিংনা ফজনা থুম হাপ্লবা ঈশিং অশাবনা চামথোক্লে। কংনা নপথোক্লবা তুংদা পাউদর হীদাক হাপ্তুনা বেন্দেজনা পুনশিনবীরম্মী। অঙাং ফনা য়াম্না তেকখৎলে।

অসুম্না শান্তনু অমসুং মহাক্কী অঙাংশিংনা চেকশিন্না শেন্নবীবদগী হুসেন য়াম্না থুনা ফগৎলকখি। মা থাখায় অমগী তুংদা ময়াম মরক্তা শান্নবা ঙম্লে।

শান্তনুনা নোংমা হুসেনবু মনাক্তা কৌশিল্লম্মী। মরূপশিংদি লম্পাক্তা ফুটবোল শান্নরি।

শান্তনুনা হংলম্মী, " হুসেন, নঙ করম্না সোরাদগী লাক্লগা লাং-কোমদা তারুরিবনো? "

" বাবা, ঐ সোরাদগী লাক্তে জঙ্গল অমদগী চেল্লকপনি। "

" কদায়গী জঙ্গলদগী? "

" বর্মা জঙ্গলদগীনি। "

" বর্মা জঙ্গলদগী করম্না? "

" ঐবু য়োকপা নুপাদু য়াম্না ফত্তে। বর্মা পাঙলনি। মহাক্না ঐবু নোংমতসু পুক থন্না পীজখিদে। থবক য়াম্না তৌহল্লি। অহাংবা মতমদা মীগী পোৎ হূরানবা চৎহল্লি। হূরানপোৎ পুরক্তবা নুমিৎতি ফুই। মপুনা ফারগা ফুবা মতমদসু মা চেল্লক্লগা ঐবু থীনা থীনা ফুরে। ঐঙোন্দা মহা বদমাস হূরানবা হায়না চৈ। মহাক্না লৈমিন্নবা চহী অমদু ঐবু ফুখিদবা নুমিৎ লৈখিদে। "

অঙাং পুক্লীং নুংশিবনা মখা তাবা ঙমদে, কপ্পুনা লৈরে।

অঙাংগী থৌনা লাকপা য়েংলগা শান্তনু মখা হংঙি, " নঙগী নমা-নপা লৈত্রব্রা? "

" খঙদে, ঐসিবু কনানা পোক্লিবনো? ঐনা তাইবং মীরোল খঙলকপা মতমদা অবোক হনুবী অমনা য়োকপীরম্মী। পাঙ্গল শোল্লবী অবোক্তুগা ঐগা ঐখোয় অনীখক্তং অপিকপা য়ূম অমদা লৈরম্মী। ঐগী মরূপশিং স্কুল কানখ্রে, অদুবু ঐদি অয়ূক-নুংথিল চীংদা কাদুনা শীং চল্লম্মী। ঐনা চল্লুবা শীং অবোক ঐখোয় অনীনা য়াম্না লাপ্না পুরগা ককচিং কৈথেন্দা য়োল্লুই। অদুম্না চরা তাল্লগা হিংলকখি।."

শান্তনু খঙহৌদনা হুসেনগী মকোক্তা নাল্লম্মী। অঙাং ৱারী চৎথে।

" খুলগী মী খরনা ঙাঙনবা তাবদা ইমাদু শিখ্রবসু ইপাদি লৈরি, মা মোরেদা চৎখিবদগী অদুম হল্লক্তবনি হায়। মদু চুপ্পা হায়না হংবদা অবোক্লদি লাল্লি হায়। ঐদি অলাগী মচানি ; আলা নত্তনা ঐগী কনাসু লৈতে হায়রম্মী। মতম পূম্নমক্তা খুদাবু কাউগনু, মাতনা কনবীগদবনি, অবোক্লা তত্তনা তাকই। হনুবী অবোক্তু শিখ্রবা মতুংদা ঐ ইম্ফালগী হোটেল অমদা খুলগী অহল অমনা পুবীদুনা গ্লাস চাম্বা, কোন ফেঙবগী থবক তৌরম্মী। মফম

অদুদা নোংমা চাক চাবা চঙলকপা পাঙল অমনা ঐঙোন্দা ব্রা খরা হায়। মহাক্না ঐগী ইপা মশক খঙঙি, মোরেদা লৈ, মনাক্তা ঐবু থিনবীগে হায়রম্মী। ঐ নুপাদুগা মোরেদা লাকই। ইপা উনরগনি খনবদা ঐ য়াম্না হরাউরম্মী। অদুবু মানা তুমু মনাক্কী খুল অমদা লৈবা বর্মা পাঙল অমদা ঐবু য়োম্থোক্লম্লে। ঐ নুপা অদুদগী নাম্থোকপা ঙম্লমদে। ঐবু থাপ্ল-থাপ্লবা উমংদা মাগী মতুং ইলহল্লি। মহাক শিকার খুনু পুরগা উমংদা কোয়না চত্তুনা লমগী খুনু ফাবা মীনি। মদুগী থবক্তু মানা ঐঙোন্দা তম্বী। য়ূমদা লৈবা মতমদনা তুমুদগী নত্তুগা অনকপা খুলশিংদা পোৎ হূরানবা থায়।"

অদুদি নঙ করম্না চেল্লকখি ?" শান্তনু স্বর অমুক্তং শাংনা হোল্লগা হংলম্মী।

"ঐখোয়না খুনু ফারগা য়োন্নবগীদমক অব্রাগী লমদগী থাপ্না থাপ্না লাকখি। খুনু য়োনবসি ইন্দিয়া সিফাইশিংদনা খরা হেন্না কান্নে। মরম অদুনা ঐখোয় ইন্দিয়া সিফাইশিংগী কেম্পকা নক্নবা মফমশিংদা শিকার তৌই। নোংমদি অশুকপা উমং অমদা খুনু ফানবা ঐখোয় য়োংমুন্দগী য়াম্না থাপ্না লাকখি, মফম চাবা য়েংলম্মী। নুপা অদুনা উরুমদা তূমদুনা ঐবু শিকারগী থবক্তু তৌহল্লম্মী। মরকসিদা মহাক্না ঐঙোন্দা অব্রালোন তম্বীবগা লোয়ননা নোংচুপ্লোমদা অসুম চৎপদা চীংথোঙ য়ৌরবদি মণিপুরগী লম ওইখ্রবনি হায়না তোয়না তাকখি। মহাক মৈতৈলোল খরা খরা থোকপনা মহাক্না ঙাঙবশিংদু খঙবা ঙমখিবনি। হৌজিক ঐ মহাক্কী মখূৎতগী নাম্থোক্লবা মতম লাক্লে খল্লম্মী। ঐ মহাক্না তাকখিবা নিউ সোমতালগী লম য়েংলগা কন্না চেল্লকখি। ঐনা চেল্লকখিবা চীংগী লম্বীদু য়াম্না শাংঙি, হব্রাগাড়ী চেনবা অচৌবা সড়ক্তদি চৎকদবা কি, নুপাদুনা থিরমগনি। য়ূমদগী পুরকপা অচা-অথক খরদু য়াওরমদ্রবদি ঐ চরাম্নদুনা চৎপা ঙম্লম্লরোই। ঐ মী লৈতবা লৌশঙ অমদা অহীং অমা লেক্লে। নোংঙানবগা অমুক চীং অমদা কাখৎলম্মী। লম্বী লৈতবা নারক্তা চৎনবা পাঙ্গল লৈশিল্লক্ত্রে। চাক লাম্বনা খাঙবা ঙমশিল্লক্ত্রবা মতমদা নুমিৎ থোরকপা মায়কৈদা য়ূম খরা উখি। মফম অদুদা চানবা খরা নিরুরগে খন্দুনা ঐ চেনবগুম লাকখিবনি। অব্রাবনি ঐ কোমদা তাশিল্লে। ঐ ব্রাম্থরুবা ওইরমগনি, জ্ঞান তারকপা মতমদা লেঙবা

ঙমখিদে। ঐ কপখি। ঐগী অবোক নীংশিংখি। ঐ আলাবু হন্না হন্না কৌখি। ঐবু কনবীয়ু হায়নীংখিদে, থুনা শিহনবীরো হায়জখি। ঐবু শিহনবীখ্রে হায়না খনগ্রবনি।"

শান্তনু মীৎলুদগী চেহ্নরকপা ঈহৌ থিংবা ঙমখিদে। হুসেনবু চেৎনা কোনবীরম্মী।

" হুসেন! তোক্লো য়ারে। অদুনি নহা।" শান্তনু মপি তৈথোক্লগা মখা তায়, " হৌজিক নঙ মরূপশিংসিবু, লোয়ননা ঐবু নুংশিদব্রা?" নঙ ময়ামসিগা লৈমিন্নবা তারবনি।

" য়াম্না নুংশি, বাবা। ঐবু তাহ্নোকপীগনু।"

হুসেন হরাউবনা নোকপগা কপ্লগা য়ান্নরম্মী।

" অদুগা নহা, অবোক্লা হায়বা আলাগী মিং নঙ খক কাউবা যাদে। কোম মনুংদা শিবক্লগদবা নঙবু আলানা কনবীববনি। ঙসিদগীদি নঙ আলানা পামদবা থবক অমত্তা তৌবা য়াদ্রে।"

হুসেন ঙাইহাক খল্লগা হংলকখি, " বাবা, আলানা পামদবা থবকসি কবি করিনো?"

শান্তনুগী মায়থোং নুংঙাইবনা শাৎকাইরকখি, মোমোন নোক্লুনা খুম্মী, " আলানা পামদবা থবক্তি মীনম্বা ব্রা ঙাঙবা, মীগী মপোৎ হূবানবা, মীওইববু মাঙনবা শীনবা, মমা-মপা, মরূপ মপাং, অহল লমনশিংবু নুংশিদবা, অতোপ্পশিংবু তেঙবাংনীংদবা অদুগা, আলানা পাম্বনা ইশাগী কান্নবা য়েংদনা তাইবং মীগী সেবা তৌবনি।"

হুসেন কপ্লম্মী। মানা তৌখিবা ফত্তবা থবকশিংগীদমক মথ্বায় ব্রাজবনি খঙবদগী শান্তনুনা থেমজিনবীরম্মী। শান্তনুনা মখূৎ পায়দুনা হুসেনবু মপান্দা মরূপশিং শান্নফমদা পুথোরক্লে।

হৌজিক শান্তনুনা কুপ্না য়েংলিবসি ইকোন কোন্না লাকখিবা ইমুং অসিগী অঙাংদনি। মায়ামগা শান্নবদা অঙাং অদুগী হৈনীংবা নত্ত্রগা হৈনীংদবা, মহাক্কী অব্রাবা ব্রাখল হন্থরকপগী চাং অমসুং মরূপশিংগা লোয়নবগী মওং, অঙাং অদুনা মরূপশিংগা হরাও হরাও নুংশি-চান্নরা

শান্নমিন্নবা উবদা শান্তনু হায়নিঙাই লৈতনা পেঞ্জরম্মী। ময়ামদু মাগুম্বা মমা-মপা লৈজদ্রবা অঙাং ঙাক্তনি খল্লুবদগী মঙোন্দা অৱাবা ফাথবা ওম্বগী পাঙ্গল লাকখিবা ওইরম্বসু য়াই। শান্তনু অসুম খল্লম্মী — করিগীদমক ইন্দুনা খোঙলোয় পুরগা লোৎতুনা লৈজরবা রিফ্যুজী ইমুং অমদা লুট তৌদুনা মরন মথুম মুনবীনবা তমথীরবা থবক তৌরুরিবনো? অসিবু য়াওল্লোই অমগী থবক্লা? অঙাং অসিগী মমা-মপা লিংজেল লৈ, হায়জ-নোঞ্জদনা মথ্বায় থাখি। মখোয়না লানফম অদুদা ইন্দুগী খোঙলোয় অনী হাৎখি। করিগুম্বা ইন্দুনা ঐগী লৈফমসি খঙলমদ্রবদি মহাক অঙাং অসিবু করম্না লোযনবীরমগনি? হাত্তোকপীবমগদ্রা? পান্দম অমত্তং ফংনবা হোৎনবদা মহাক মীনুংশি, মীওইবগী হক, চঙজবকপশিংবু ঙাকপী-শেনবীবা হাযবা চৎনবোল পূম্নমক কাউথোকপা ঙমখ্রব্রা? নামতা য়েংবা অসিগুম্বা অখূবা মীৎযেংসিনা মীযামগী পুক্নীং খোনবা ওইথোক্তে। লল-থুমগী মীহৌবা, কল্লক-য়েংথীনবা , লমন খূম্নবা , নুপীগী ইজ্জৎতা তেমশিংনবনা জাতি অমগী নীংতম লালহৌগী শেংলবা বলিদানগী ঈচেন্দা তাউশিল্লক্লবদি মাযথীবগী লাংদা থুবা হৌরবনি। লোনচৎ নাইদবা মীশিংগদি ঐ অমুক হন্না উনদবা, মরূপ্নি খল্লুদবনা ফরবনি। ইন্দুবু ঐনা অচুম-অরানগী লম্বী তাকপগী মতম হেল্লে। মানা ঐগী ৱা তাবীগদবসু মান্দে। ঐখোযগী লম্বী তোঙানখ্রবনি। কান্নদবদা পাউতাক পীকুবদগী হেন্না পঙবা থবক অমা লৈত্রবনি হায়নৈ। ম্যানমারগী শক্লাইরবা ইমুং, মীয়ামগী য়াইফনবা খল্লবা থৱায়শিংবু মাঙহনখিবা খূৎশিংদু ঈশ্বরনা ঙাকপীরোই। নুংঙাই য়াইফবা মমা-মপাগী মিৎকী মণি, আশা কয়ানা কুয়োম ওইদুনা অফবা স্কুলদা লাইরিক তম্লকখিবা অঙাং অসিনা ময়ামসিগী শঙ্গদা হৈনীংলক্ত্রবদি ঐ করি তৌসিগে? ঐগীদমক য়েংলুরবদি অফবা অঙাং অমা চঙলকপসি ফরবনি হায়দুনসু হরাউবদি লৈরোইদৌরি।

থৈবোং পাম্বী উরুমদা, চৌকীদা ফমদুনা মচাশিং ফুটবোল শান্নবা য়েংলম্বদগী শান্তনু শান্নবুং ময়ায়দা লাকখি। অঙাংশিং শান্নবা লেপ্পী। মখোয়গী বাবানা করিগুম্বা খরা হায়নীংবা লৈরে খঙদুনা য়েংলম্মী। শান্তনুনা মখোয় পূম্নমকপু মনাক্তা কৌশিল্লি।

শান্তনুনা হায়, " ইচাশা, নখোয় কবাদি অমদি খো খো করম্না শান্নে, মখোয়দু শান্নবগী নিয়ম করিনো হায়বা খঙখ্রে। ঙসিদি ফুটবোল শান্নবগী নীতি নিয়মশিং তাক্কে। "

অঙাংশিং পুক্নীং চঙনা তায়। শান্তনুনা ফুটবোল করম্বা পোৎশক্লা শাই, করি দেশতগী শান্নবা হৌরকখি, মী কয়ানা শান্নগনি, গ্রাউণ্ডগী পাক চাউবা কয়ানা ওইগনি, শান্নবগী নীতি নিয়ম কনানা য়েংগনি, গোলগী অৱাংবা অমসুং অপাকপা কয়া ওইগনি, পেনালটি বোক্স কদায়বু কৌই, তচ লাইন অমসুং গোল পোষ্টকী চাউবগী চাং কয়া ওইগনি, করি করিবু ফোল্ট তৌবা কৌই, অপসাইদ কদাইবু কৌই, দাইরেক্ট অমসুং ইনদাইরেক্ট কিক কদায়বু কৌই, কোরনর কিক করম্না পীবগে, হেন্দবোলগী পেনালটি করিগীদমক পীরিবনো, শান্নবগী মতম কয়া শাংগনি, পাঞ্জল চন্নদ্রবা নত্ত্রগা মান্নরবদি অথোইবা টিম খন্দোক্লবা করি পাম্বে শিজিন্নগনি অসিনচিংবা মচা তানা মশামক শান্নবা য়াওরগা তাক্লম্মী। ফুটবোল শান্নবগী নীতি-নিয়ম থ্রো-ইন্দগী হৌরগা এদবান্টেজ ক্লোজ ফাওবদা, মশীং য়াম্বনা মথংদা অমুক তাক্লগে হায়রগা শান্তনুনা অঙাংশিংগা শান্নবা লোইশিল্লে।

হুসেন ঙৌরবা ময়া উত্তুনা হরাউনা নোক্লম্মী। মখোয় পূন্নমক বাবাগী মতুং ইন্দুনা য়ূম্লোমদা চঙলম্মী।

শান্তনুগী কা অহুমগী য়ূম নোংপোক ওন্না শাই। খা-ৱাংনা ময়ুং ওইবনি। ফুট নিপানগী বেরেন্দা শাংনা থম্মী। কা খায়দোক্লিবা খাঙেন মপা-মপাদা য়ূম্বী মরি মরি য়ুংলগা ফক্লাংদি খাদে। পূন্না হিপফম তরুক থাই। অঙাং অনী অনী হিপফম পূলহল্লি। মহাক মশাদি মচা অতোম্বগা হিপফম পূল্লি। ময়াম্বা তরামক্লা মখোয়গী মনাও অতোম্ববু য়াম্না লুনা তৌই।

চহী অহুম চঙলক্লবা শান্তনুগী মচাতোম্বা নুংশিবগী তুংনফম্লি। চেন্দুনা শান্নে নুংশি, নোক্কে নুংশি, ঙাঙখোরকই মনুংশি, শাউরে য়েংনীংঙি, কপ্পা ফাওবা পাম্মুই। অপিকপা ময়াম্বা অনীগী মতেংনা শান্তনুনা কয়াগী মতীক ৱানা য়োকচরকখিবা, অচৌবা শীংনবা অমা ওইখ্রবনি।

শান্তনুগী মচাতোম্বা চেন-চোংদুনা শান্ননীংদবা, হিপ্পুনা ঙাক লৈনীংবগুম, ইতুক তুকথনা লৈরকপসি নুমিৎ নীনি শুরে। ঙসি নুংথিলদনা

হেন্না নুংঙাইতনা উই। শান্তনু ইমুংদা চঙদুনা মচাগী নাক্তা মফল্লম্মী, অঙাংদু মব্বাদি ঙাঙদনা কপ্লকখি। শান্তনু মচাবু পমদুনা মপান্দা পুথোক্লম্মী।

শান্তনুনা অঙাংগী লাইবক অমসুং কোক্তা নাল্লগা হংঙি, "ইচাথোইবা, নঙ নশা নুংঙাইতব্রা?"

অঙাং কপ্পনা পাউখুম ওই। শান্তনু নুংশা থীরে। অঙাংবু হিপফমদা অমুক পুশিল্লম্মী। মহাক মচাবু ব্রা ঙাঙহন্নবা কন্না হোৎনৈ। অঙাং বাবাদা য়েংবদগী হেন্দে।

নুমিৎ লৈথরকপগা লোয়ননা অঙাং মশা শাগৎপা হেনগৎলকই, স্বর পৌখৎলকই, থবেৎ থবেৎ হোল্লি। মখোঙসু চিফেৎ চিফেৎ অনীরক হামখ্রে। ইখং ইখং খংনসু য়েংঙি। শাবগী চাংসি খোঙদগী তোনফাওবা মৈগা মান্নরে। শান্তনুনা খম্বাৎ অমসুং তুমুদগী চেনবা এলোপেথিগী হীদাক মখল খরগী মথক্তা মৈতে মাইবশিংনা শিজিন্নবা মনা মশীং কয়া অমসু থম্লি। অঙাংশিংনা নারকপা মতমদা লায়ওং য়েংলগা তোয়না শিজিন্নবা মহাক্কী মনা মশীংগী হিদাকশিংদি তেরা পাইবী, পেরুক, য়েনশিন, উয়াংকল, য়েন্থুম, চরোইতোং, নোংমাংখা, নাশা, নিম্নচিংবা তেংগান তোঙানবা মখল কয়াগী মথক্তা হাওচক, লাংথ্রেনচিংবা পাম্বী কুম্ভারোমসু যূময়াদা থারি।

শান্তনুনা মচাগী শাগৎপদু হন্নবা কোস্কোপিন খরা পীথক্কুনা য়েংঙি। ঙাইহাক খজিক্তং হল্লুরগা অমুকসু হেক্তা শাগৎলক্লে। মহাক্কী ব্রাখন্দা অঙাংদু ফুরিগী নুংশিৎনা ওইরমগদ্রা খল্লক্লে। খন্ন-তান্নগদবসি কনাদনো। মহাক শওম মশীংখা খরা লৌথোক্কুনা লূমথোক্লবা ঈশিংদা নৈখাইরগা পীথক্কুনা য়েংলম্মী।

শান্তনু অহীং অদু মচাগী নাক্তা ফম্মি। লাইবক্তা কারকপা হুমাং অমোনবা ফি অমনা নপথোকপীরি। মচাগী অনাবদু মশানা শীনবা য়ারবদি কয়াদা নুংঙাইগনি খন্না মিৎশেল খাঙলি। মচাতোম্ববু য়োক্লকপদা মহাক্লা থেংনরকখিবা অব্বাবা কয়াগী মনুংদা থৌদোক অমা নীংশিলক্লে।

— চঙজফম পীবীখিবা মতৈ-মনাওগী খূৎতগী শান্তনুনা অঙাং

অহুম্বু মচা শক্লা য়োকচরগে হায়না অমুক নিজরগা পুরক্লে। মতম অদুদা মচাতোম্বা শকফম য়েংবদা চহী অমা মখায় হায়রগনি, মখোঙনা চৎপা হৈরে, তোয়না পন্নবা ৱাহৈ-খোম্থোক খরসু ঙাওথোকপা হৈরে। অঙাং অহুম্বু ঈশ্বরনা পীবীরকপা মচানি খন্না য়োকচবগী নুংঙাইবা কয়া লৈরবসু মহাক অৱাবা ময়াম অমসু নংলকখি। শঙ্গোমতনা য়োক্লকখিবা মচাতোম্বা চাক-এনশাং চাবসু খরা খরা হৈরকপা মতম্লি। অঙাংদু লফোই, সেম, মিঠাইনচিংবা য়াম্না পাম্না চারম্মী। অঙাং মশা ফগৎলে খন্না শান্তনু য়াম্না হরাউরম্মী। অদুবু, ইখঙ খঙহৌদনা অঙাং নারে। মশা পূম্বা মৈগুম শাই, লোকসু খুরম্মী। স্বর ফি ফি হোল্লি, ইখং ইখং খংনা য়েংলকই। নাহেরকখি, চাও-থকউ হায়বা করিমত্তা য়াদ্রে।

শান্তনু লায়ওং খঙবা নত্তে। অঙাং লেপ্তুনা কপ্লকখি। পোৎথাহন্নবা হোৎনবদা অমুক পম, অমুক পো, ইমুংদা মপান্দা হঙ্গৎ-হন্দা ফনা কুইনা চৎলে। অঙাংগী অশাবা মনিলনা শান্তনু হকচাং পূম্বা হুমাংনা চোৎলে। শাগৎপা হম্থদে, মহাক নুংশা থীরক্লে। নোংঙানবগা অখঙ অহৈ ডাক্তর লৈবা মফমদা পুরগে খল্লকখি। মরম অদুনা মহাক য়াম্না থাপ্না তমু নত্তগা খম্বাৎলোমদা চৎপা লেপ্লে। লম্বীদি মায়কৈ অনীমক য়াম্না শাংলি, খোঙনসু কুইনা চৎকদৌরি। হঙ্গৎ-হন্দাদা লৈহেন্নদবা ঙল্লোই, পারুবা মতমদগী হেন্না চোম্থখিবা য়ারিবনি। অঙাং নুপা মচা অনী করম্না লৈহৌগনি। মখোয় অতোপ্পা ইমুংদা লৈনীংদবা উই, পুবা তারবনি।

নোংঙাল্লে। মচাতোম্বগী ফিভম হেন্না ফত্তনা উই। মহাক য়াম্না থুনা তজীগী য়ুমদা চত্তুনা ৱা তান্নরুই। বাইতুক খুল নক্লা তুইবোং তুরেল মপান্দা নৌনা শেমগৎপা কবো খুল অমদা অঙাং লায়েংবা য়াম্না হৈবা মখোয়না ফোংজী নত্তগা কুলু কৌনবা মাইবা অমা লৈ, মঙোন্দা য়েংলুবা কয়া ফনখ্রে হায়না তল্লকখি। মফমদুদা অমুক্তং হান্না চৎহন্নীংবগী ৱাসু হায়রম্মী। তৌবতবু মফমদু য়ৌবদি খোঙনা চৎকদবনি। শান্তনু অৱাবা কিরক্লে।

পূং নিপাল তারকপদা নুপা মচা অনীবু মপুক থন্না থন্না পীজনবা হোৎনবদা শান্তনু মশাসু চাবা য়াওরে। অনাবা অঙাংদ ইল্লুবা খুদিংদা মঙক

হাইরকখি।

শান্তনু চৎকদবা লম্বী মুন্না খঙদে, মায়কৈতনি ভাবনা শাবা ঙল্লিবা ; মচা অনাবা মীরোল খঙদ্রি, শকফমা মাগী অৱাবা অমসুং অনাবা তাকপা নত্তনা মচীন্নদি হায়বা হৈত্রিবনি। ফমুং অমসুং মপাগী নমগী খেন্নবা মঙোন্দা লৈতবগুম তৌই। নুপা মচা অনীদি ৱাগনি খল্লুদনা মখোয়গী বাবাগী মাঙ থাদুনা চৎপা হৌরম্মী।

চীংশু উমংগী খোঙ লম্বীদু, করি করিগুম্বা মতমদা লম্মৈ তাঙ্গোই-তাম্থীনা মাঙহনখিবদগী লম্মাংনগে হেক হেক তৌই। তুরেল খোঙনুংগী নূংথক্তা চৎপা মতমদদি মখোয় ফজনা ফুৎলবনি। শজিবুগী নুংশাদু বাবাদি ছাটিন মচা অমনা খন্নবা হোৎনরবসু অঙাং অনীদি ইহাঙ হাঙনা নৌরিবা লৱাইগা থেংনরি। নুমিৎ কোক্তোন্দা লৈবা মতমদদি অঙাং অনী তুংদা তোয়না লৈথহৌরে। শান্তনু ৱাদে হায়বা য়ারোই, ফি খরা হাপ্পা খাউ লেংবান ওয়-য়েৎতা শিনবা তোয়রে। মহাক মরক মরক্তা অঙাংগী নাউহোং মাঙলোমদা ওম্থোক্লগা অচোৎপা ফিনা মচাগী অশাবা ঙাকথোক্লবা হোৎনরম্মী। নুংথিল পূং অনী তারকপা মতমদা নুংশানা য়ৈহৎপদগী মখোয় চৎপা ঙমদ্রে। উরুমদা তোয়না পোৎথারম্মী। কপুনতা লৈরবা নমগী অঙাং থেম্বা হোৎনবদা শান্তনু নুপা মচা অনীবুদি য়েংশিনবা ঙমখিদ্রে। অঙাংশিংসু মহাক্কী অৱাবা য়েংলগা অকনবা শারি।

ৱানা থিরকখিবা মাইবগী য়ূম য়ৌরে। মাইবনা অনাবা য়েংলগা তুমুরোমদা ডাক্তরগী মনাক্তা পুনবা হায়রম্মী।

মরম অদুনা, শান্তনু য়োংমুন খুন্দা অহীং অমা পল্লগা তুমু য়ৌরগে লেপ্লে।

শান্তনুনা থুংলুবা য়ূমগী মীশিংদু মীনুংশি চেনবা ঙাক্তনি। মখোয়গী সেবানা শকখঙনদবা মীনি হায়বা কাউহল্লি। ঈচেল কনবা তুরেল মচা অমগী নাক-য়েৎতা তাবা খুল অদু লৌউ- শীংউগী থবক্তা হিংবা ঙাক্তা ওইনা উই।

অহীং অদু শান্তনু তুম্নীংবা পোকখিদে। ৱামল্লবদি তাইবং মী তূম্বা য়াদে। মহাক মীকুপ খুদিং মচাগী ফিভম য়েংলম্মী। অঙাংনা করি হায়রিবনো

খঙদনা মখূৎঅমুক-মুক থাঙ্গৎলকপদা মহাক য়েংবা ঙমদবনা মপি তৈথোকই। চীনবান অনী মরক মরক্তা লেঙলকপদুসু 'ইমা-ইমা' হায়বা মাল্লি। অহীং নোংয়ায় মতমদা হৱাগাড়ী মখোল অমা তাখি। শান্তনুনা হায়দ্রিঙৈদা য়ূম্বু হৌগত্তুনা গাড়ী থুংলুফম থিবা চৎখ্রে।

য়ূম্বু নীংবা কায়না হল্লকখি। গাড়ীদু উমং চঙগদবা ওইরম্লে। মতম অদুদা নুপা মচা অনী মীকপ থোরকপগা লোয়ননা মখোঙ হামগে হায়রক্লে। মহাক মচা নিংথেম্বু পোখত্তুনা অঙাং অনী মপান্দা পুথোক্লম্মী। অদুগী তুংদা নুপা মচা অনীদু অমুক তূমথখ্রে।

নোংঙানবগা থোকখিবা য়ূম্বু হল্লকপা ঙাইবা ওইনা শান্তনু মচাশিংগা চৎপা হৌনবা শেম শারে। হন্দক্তি য়ূম্বুনা নুংঙাইবা পাউ অমা পুরকখি, খুনগী নুপা অমা তুমু-কলেৱা অচৌবা লম্বী য়ৌনা পূং অনীরোম ষনগাড়ীনা চৎকদৌরি। অচৌবা সড়ক্তু য়ৌরবদি পেসেঞ্জর গাড়ী অদুম ফংলগনি হায়রে। মখোয়বু পুবীনবা হায়নবীকুবা য়ূম্বু শান্তনুনা থাগৎলম্মী। য়ূম্বুনা পীবীবা অচা-অথক লোয়নদুনা শান্তনু মচাশিং পুরগা ষনগাড়ী লৈফমদা চৎলম্মী।

শান্তনুখোয়না তুমু-কলেৱা সডক য়ৌরবদা পূং তরা চপ চানা তারে। লম্বী হোটেল অমদা চঙদুনা চাক চাবিঙৈদা টোয়োটা তেক্সি অমা থুংলরে। মফম অদুদা মী খরা কূমহৌবগা লোয়ননা পেসেঞ্জরশিং চা থক্লবা হোটেলদা চঙনরম্মী। শান্তনু তুমু য়ৌরগনি খনবদা অৱাবা কাউখিবগুম তৌই।

পূং তরামাথোই মখায় তাবা মতমদা শান্তনু মচা অহুমগা তুমু য়ৌরে। মীয়াম তিনবা মফমদু য়ৌরকপদা নুপা মচা অনীগী মাযথোং ইমক মক্লম্মী, শহরগী শক্তম অদুনা মখোয়বু করিগুম্বা খরা নীংশিংহল্লমগদবা মাল্লি। শান্তনু গাড়ীদগী কূমথবগা ডাক্তর খানা হংবা হৌরে। ইরাপ লাপ্তুনা লৈরম্লবনি, অদুবু হরাউহনবদি ঙমখিদ্রে, ডাক্তর লৈরমদ্রে, ছুটি লৌখি হায়।

শান্তনু মচাশিং পুদুনা মোরে য়ৌবা গাড়ী তোংখৎলে। মহাক্কী

পুন্সিদা মরৈবাক্কী চিদাই লমদমদুদা য়ৌবসি অহানবা ওইগদৌরি খল্লুরগা মহাক ঙাইঙমদবা ফাওই। অদুগা মপুক্লীংদা অসিমসু হংলকখি, অঙাং নাবা ফরবদি থেনয়েল্লোমদা হনখিবগী মহুত্তা ককচিং য়ৌনবা চংখিবদা করি অকায়বা লৈরিবগে? মহাক লোন্না খুন্মী — ‘ মদু য়ারোই, ইচা ময়ামগীদমক থওইবীদ্রবা লমদম অদুদা য়ুম অমা শাগৎখ্রে। ’

শান্তনু অপিকপা অঙাং নমদা পোদুনা নুপা মচা অনীগা মোরেগী হোস্পিতালদা চঙখিবদা ও. পি. দি. কাদা ফম্লম্বা ডাক্তরনা ঙক্তক য়েংলকই। মহাক শকলোংপগী হৈনবী থাদোক্লীংখিদে, মরম অদুনা অঙাং য়েংবীনবা ব্বারীদু ইংরেজীদা শারম্মী।

লৈফম অমসুং দলাব হায়বা মিংনা চিংনবা খরা কোকখ্রবগুম ডাক্তর পুক্লীং চঙনা অনাবা য়েংবা হৌরে। ডাক্তরনা মীনুংশি উৎপীবগা লোযননা হোস্পিতালদা নোংমা-নীনি লৈহন্নীংবগী ব্বাফম ফোঙদোরকখি। অদুবু পাসকী মতাংদা অরুবা খরা লৈবনা এদমিট তৌবা ঙমদনা লৈরে। পীজগদবা হীদাক্কী প্রেসক্রিপসন ইবা লোইরবনি। অদুমকপু ডাক্তব মোরে পুলিস ষ্টেসন্দা চিঠি অমা ইরম্মী। মদু পুদুনা ও. সি. উনরুনবা শাস্তনুদা শিন্নরে। চিঠিগী মরোম্দি নুমিৎ মঙানিখক্তং অনাবা অঙাং অমসুং শান্তনুবু হোস্পিতালদা লৈদুনা লায়েংবা য়াহনবীয়ু হায়জবনি।

শান্তনু ও. পি. দি. টিকেৎকা লোয়ননা মচাশিংগা চিঠি পুদুনা পুলিস ষ্টেসন্দা চৎলম্মী। মহাক্কী অব্বাবদু ও. সি. সাহেবনা উবীখ্রে। মমিং-মথা, লৈফম্নচিংবা ফজনা ইরগা মহাকপু হোস্পিতালদা এদমিট তৌরুনবা থারক্লে। ও. সি. না হায়রকই, “ মফমসি সফ জোন্নি, থোইনা চিংনবীরুনু। ”

শান্তনু মচাশিংগা হোস্পিতালদা লৈরে। মমা লৈত্রবা অঙাংশিংবু হোস্পিতাল নর্সশিংনা লুনা তৌবীরম্মী। চাউবা মান্নবা মচা নুপা অনীগী মতাংদদি মঙোম্দা য়াম্না হংনখ্রে।

নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা অনাবা য়াম্না ফগৎলকখি। ডাক্তর চেকশিনবা উৎপীদুনা তরুক্নি শুবা নুমিৎতা দিসচার্জ পীরক্লে। নুমিৎ মঙা-তরুক্নিগী

মনুংদা ফজনা শকখঙনখ্রবা ডাক্তরদগী শান্তনু অনাবা লায়ওং কয়াদা শিজিন্নবা হীদাক মখল কয়াগী মমিং খঙবা ঙমখ্রে।

ডাক্তরগী থবক্তি ঈশ্বরগী অচৌবা দাননি খন্না থাগৎচবা অমসুং চাউথোকচবা নত্তনা শান্তনুনা করি লমন শিংগনি। মহাক হোস্পিতালদগী থোরক্লবা মতমদা মোরেগী ফার্মাসি দুকান অমদগী হীদাক য়াম্না লৈরকখি।

নুমিদাংব্রাইরম য়ৌরকপদা শান্তনু মহাক্কী লৈফম য়ৌবা খোঙচৎকীদমক নুম্ফ্রালোংদগী মচাশিংগা লোয়ননা তেক্সি তোংখৎলম্মী।

নীংশিংবগী ব্রাখলনা মুল্লুরবা শান্তনু, ব্রানা য়োকচরকখিবা মচা নিংথেম য়েংলগা মপি তৈথোক্লম্মী। মচাতোম্বনসু মঙোন্দা মুন্না য়েংলম্লি। মহাক অঙাংগী লাইবক্তা মখূৎ থম্মী। য়াম্না ঈংথরম্লে। শান্তনু নুংশিরবা মচাগী লাইবক্তা হন্না হন্না চুপ্পগা মোমোন নোক্লকখি।

# ৩৬

শান্তনু মখুৎতা লৈরিবা লন-থুম, সনা-লুপা মহাক্না তাল্লুবা নত্তে। অঙাং মরিগী মবলনি হায়বা মহাক খক কাউরমদে। মখোয়গী কান্নগদবা অমসুং য়াইফনবা হীরমদা শিজিন্নবা নত্তনা মশাগীদমক য়েংলগা খরচ তৌথোকপা মহাক খক পামখিদে। মহাক শেল চেকশিন্না লোৎলি। পিক্লিবা মচাশিং য়োকপদা মতেং ওইনবা শঙ্গোম য়াম্না থোকপী ষনবী অনী লৈবা, অদুগী মথংদা লৌ-ইঙ্খোল কোইনবা ইরোই অনী, অসিতনি মহাক্না কাইথোকখিবা শেল। হৌজিক ষন-ইরোইশিং অসি ইমুং অসিগীদমক হায়নিঙাই লৈতনা কান্নরি।

শান্তনু হৌজিক চেকশিন্না থল্লিবসি সনা তোলা কুন্থ্রা, চাদ লাখ নিফুমঙা, ইন্দিয়ন রুপিজ লাখ অহুম, য়েন লাখ অমা, দোল্লার লীশিং তরানি। শেল-থুম ময়াম অসিগী চাউরাক্না শরুক অনীদি মহাক্না মনিব্বাদগী খোঙলোয় ওইমিন্নরকপা লু-থান অমসুং কিয়াংগী বেগশিংদা য়াওরম্বনি। শরুক অমনা ইন্দুগী চিঠি পুদুনা লাকখিবা অঙাংগী বেগতা য়াওরকখি। পুন্নমকসি মহাক্কী খুৎতা মঙগুম লাকখি। চেকশিন্না শেন্নবীবা, মরম চাদনা মাঙহন্দবা হায়বসি মহাক্কী থবক্লি খল্লম্মী।

শান্তনু লোন্না খুঞ্জাশিংগী চাউখৎ থৌরাংগী মতাংদা খন্নবা য়াম্না তোয়না য়াওখি। মহাক্না থা অনী চুপ্না অহীং নুংথিল খাক্তনা য়েক-খোক্তুনা, পরীং-নমুনা শেমখিবগী ফল ফজনা ফংখি, মফম অহুমদা তুরেলগী ঈচেল

থিঙ্গৎতুনা পানী চক্র শাদুনা পায়খৎপা হায়দ্রো ইলেক্ট্রিক্কী থৌরাং মায় পাকখি। মদুনা খুন মঙা ইলেক্ট্রিক মৈ থানবা ফংহনবদা মখোয়গী ওজা দলাবপু খুঞ্জাশিংনা লাইগুম থাগৎনরম্মী। মহাক্কী হৈ-শিংবা থবক অসিগীদমক সাইগাং দিবিজনগী লৈঙাক মপু ব্রিগেদিয়রনা শকখঙচে অমসুং মনা কয়া পীরকখ্রবনি।

শান্তনুগী যূমদা মহাক্না ঙাঙবা লোলসি অহুম্নি — মণিপুরী, ম্যানমারীজ অমসুং ইংরেজী। মহাক লংদাই লমগী অমদি অতোপ্পা লোল কয়াসু খঙদবা নত্তে। মহাক্না মচাশিংদা লাইরিক তম্বীবা মতমদদি ইংবেজী ঙাঙলম্মী। মমা-মপাশিংনা খুদোংথীবা নংদুনা পুক্সি লোমখিবা থৌদোকপু শেংনা উহৌবা অঙাং অহুম নত্তনা অতৈদি ইংরেজী মপী লাইরিক্তগী হৌরগা শান্তনুনা তম্বীরকখি। মদুদা মচা নিংথেমসু খোম্থোক খবা খরা হায়দোকপা ঙমখ্রবনি।

শান্তনুনা অঙাংশিংগী বুদ্ধি অমসুং হৈবগী চাং য়েংলগা তোঙান তোঙানবা তেক্সবুক ইরম্মী। থবক অসিদা মহাক নোংমদা পূং অহুমগী মতমদি কাইথোক্লে। মহাক হোৎনমল ফংঙি, হেন্না হেন্না পেঞ্জে, অঙাং পূম্নমক ইংরেজী ইবা অমসুং পাবা ঙম্নরে। মথং চহীদদি মহাক্কী তেঙবাংনবা ওজা অনীদগী তাদনা থিরগে খল্লকখি। মহাক হৌজিক ইংরেজী, অঙ্ক, ইতিহাস, ভুগোল, সাইন্সনচিংবা বিষয় পূম্নমক নীংথিনা তম্বীদুনা মচাশিংবু হৈহন্নবা হোৎনবদা লৌ-ইশ্খোলগী থবক্তগী খরা লাপথোক্তবা য়ারক্রে। মরম অসিদগীনি মহাক্না নুপা অনী নেক্তুনা মখোয়গী তেঙবাংনবা থমখ্রিবসি।

হৌজিক শান্তনুগী ইমুং মচা নক্রে। ইমুং অসি শেমগৎলকপা চহী অমা মপূং ফারকপগা মহাক্কী যূমদা রেডিও, টেপ রিকোর্দর, টেলিবিজন, ইনবর্টর, কম্পুটর, জেনরেটরনচিংবা অঙাংশিংবু লৌশিং হাপ্পদা তেঙবাংগদবা পোৎলম কয়া লৈশিন্দুনা থম্লে। মযাম অদুনা শোৎগববা থাপ্পবা, চীংনুং উমংদা লৈরিবনি খঞ্জরুববা অঙাংশিংগা পৃথিবীগী চাউর-চাউরবা শহরশিংগী চাউখৎলবা মীয়ামগা শম্নহল্লে।

নুমিৎতুগী অঙনবা অয়ুক্তা শান্তনু ইকোন কোন্না ফংজবা মচা

ময়ামদগীদি খরা হেন্না চাউরবা অঙাং অদুগা লোয়ননা উমংগা তাইনবা শম্বলগী তেকথবা মফম খরা শেল্লম্মী। মখোয় অনীমক হুমাংনা লূপ্লে, থবক লোইশিন্নবা হোৎনবদা পোৎথাবগী ব্রাখল কাউরি।

শান্তনুনা উ অমা ককপা হোৎনরিঙৈদা অঙাংদুনা য়াম্না হৈনদনা মথক উমংলোমদা য়েংলম্মী।

" করিনো উ-থান? " শান্তনুনা হংঙি।

" য়েংঙু বাবা! " উ-থান মীৎফম হোংদে।

শান্তনু মরম খঙনীংবনা উ-থানগী মীৎয়েং ইল্লম্মী। ইথাপ থাপ্তুনা শংবান্নবা কম্বেৎ দ্রেশ শেৎপা, নোংমৈ পায়বা মী অনী লম্বী লৈতবা ইরক্তগী মখোয় তম্না চঙলক্লম্মী। শান্তনু থাঙ থল্লগা চপ লেপ্তুনা য়েংখি। মী অনীদু য়াম্না নকশিল্লক্লে। অমদি নুপীনি হায়বসু খঙলে। মহাক অনীদুবু ওকপা ওইনা উরুম লাংবা অঈংবা মফম য়েংলম্মী।

সিফাই নুপা মখূৎ লোন্নরকই, " ইয়াম্বা, খুরুমজরি। "

" খুরুমজরি ইবুংঙো, করি লৈরবগে? " শান্তনু হঙ্গোয়বা য়াওদনা ঙাঙলবসু হরাওবগী শকফমদি উৎপা ঙমখিদে, লোয়ননা লোল অদুনসু য়াম্না ঙকহল্লি।

উ-থান মখোয়দগী লাপথোক্লীংবগুম নুংশাদা উ অমা থাপ্লা থাংলি। মহাক্কী মায়থোংদু অশাউবগী মৈরিনা কাহৎলবগুম উই।

" ইয়াম্বা, ঐনা লোয়নজরক্লিবসি কনানো হায়বা অমুক্তং য়েংবীয়ু। " সিফাইদুনা হায়রকখি।

শান্তনুনা ঙাঙলিবা নুপাদু মৈতৈনি হায়বা খঙলে। মখোয় অনীবু উরুমদা লাক্লবা ইঙ্গিৎ পীরগা মশাসু ফৈনা তারিবা উশাং অমদা ফমথরম্মী। মহাক কোকশেৎ লৌথোক্তুনা হুমাই হুল্লম্মী। মদুনা লাক্লিবশিংবু ওকপদা হৈনীংদবা তঙ্খায় অমদি উৎলবনি লোযননা, মখোয়দা মুন্নসু য়েংলমদে।

" ঐখোয় ওজাবু উনবা লাকচবনি। " সিফাই উ-থানবু য়েংলগা হায়, " এ, অঙাংসি চৎখ্রে, ঐ মাবু ভাব তাহনবা পাম্মী। মাগী মীৎয়েংসি ঐখোয়বু তুকচচবা মাল্লি। "

" য়ারে, ইবুংঙো চৎখ্রসনু। মাগী থম্মোয়নুংদা প্রলয়গী মৈ হৌরি, ইকং লংশিল্লুদবনা ফৈ। "

সিফাই ঙক্তক য়েংলবসু মখাদি তারকখিদ্রে। মায়োক্লনা উদা ঙারগা লেপ্লীবী লাকমিন্নবী নুপীদুদি শান্তনুদা মুন্না য়েংলি। কুমজা- কুমওন কয়াগী নোংজু-নুংশানা খূৎচনবীখ্রবা শান্তনুগী মাযথোং, তত্তনা শিন্থরিবা হুমাং অমসুং থম্মোয়নুংগী অৱা-মৈশানা চাথৎলবা মহাক্কী হকচাংবু য়েংলগা মঙোন্দা খাঙঙমদবগী পিরাং থুংলরে। কুইনা লৎনদুনা লৈবা ঙল্লক্রে। মহাক কপ্লকখি অদুগা চেনশিন্দুনা শান্তনুগী মখূৎ পায়বম্মী।

" ওজা! ওন্থোকপনিদা ওজা! "

খোঞ্জেলনা লমজিং ওইদুনা শকখঙনীংবা পোক্লবা শান্তনু নুপী অদুগী মায়থোংদা মুন্না য়েংলম্মী। মীৎপু থাজদবনা মহাক শক খঙবদা মতম চঙখিবনি। হৌজিক্তি নুপীদুনা কোক্তগী টুপী লৌথোকখিবদগী ৱাহৈগী মাঙদা পিনা হাল্লকখি। লোয়ননা, মকোক্তা বজ্রনা য়ৈখিবদগী পাক ঙাঙথোকপা ঙমখিদে, ৱানা খাঙলম্মী।

" বালা!! নঙদি করম্না! " শান্তনু লাউবক্লে।

" চুম্মী, ঐ বালানি, ওজা। " বালাগী খোঞ্জেল নিক্লি।

" নঙগী থৌওংসি মঙগুম্বনি, তশেংনা তাইবং ওইহন্নীংদে। "

" তাইবংদনি ঐনা ওজাবু থিজরক্লিবসি। " বালা তুংলোমদা খোঙফম খরা হন্দোক্তুনা লেপ্লম্মী অদুগা, মহাক্কী মীৎফমদি অমুক হন্দ দাক্লরোইদবগুম শান্তনুগী মায়থোংদা থল্লি।

" ইয়াম্বা, মেদাম বালা ঐখোয়গী লৃপ্তো তিল্লকখিবা কুইরে। মহাক লেফটিনেন্টনি, অদুগা নুপীশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী থৌঙম্বী অমসু ওইরি। ইয়াম্ববু অমুক্তং উজনীংবনা লাইনীং ওইরক্লবী মেদাম্বু ঐনা লোয়নজরক্লি। " লাকমিন্নবা সিফাই নুপাদুনা মখা তারকখি।

শান্তনুগী মায়থোং শিন্থুংনা অৱাবগী লৈচিলনা হেন্না হেন্না. কুপশিনখি, ইপঙ-পঙ শিল্লি, মহাক্কী ৱাহৈশিং থম্মোয়নুংদগী চোংথোরকখি, " বালা, নখোয়বু ঐনা করম্না কাউগনি? হৌজিক ঐগী

পুন্সিনা তাউথরিবা অনৌবা ঈচেলসি মফম কদায়দগী হৌরকখ্রিবনো হায়বা ইথস্তা খঙজরগে। ”

“ মদু খঙবা মীনা ওজাগী খোঙ্গুল লীরক্লি হায়বা য়াবীয়ু। শিবা নত্তগা চঙবগী পোম্বা পোদুনা চৎলিবা ঐগী খোঙচৎকী শরুক অমদি ওজাবু থিজবনা ওইরকখিবনি। ”

“ মদুগী কান্নবদি করিনো? ”

“ ঐগী পান্দম ফংবনি। ”

“ ও, বালা! ঐখোয়গীসিবু কবস্বা মখলগী ব্রাহং পাউহংনবা কৌবগে, কান্নদবা মরে থোক্কদৌবে। সে, য়েংঙু, খূৎলাই পায়দুনা লালহৌবা যাওবিবী নহাক্কী পান্দমদি উননীংবা মীশক অমা থিবনি হায়বদু লানগনি। ”

“ ওজা, ইজাতিবু নীংখা তমহন্নবা পঙ্গুং তানবগী খোঙচৎতা লন্নাই পুন্সিগী পোৎথাফম পান্দম খরসু য়েংবদা কায়রোই। ”

“ হায়য়ু, অদুদি ঐনা নঙোন্দা করি তেঙবাং পীবা ঙমগনি, নঙগী পান্দম ফংননবা? লেফটিনেন্ট বালা, নঙ হৌজিক মৈনা কাপথোকপা খূৎলাই পায়রি। ঐনা লৌখৎলিবনা অঙ্গংবা লাইজ খুজোক খরনি, খৌরাংবা কোকহন্নবা। প্রলয়গী মৈ ওইখ্রবা নঙবু করম্না লাইজ ঈরিক খরনা মুৎহনবা ঙমগনি, থাজদ্রে। ঐখোয় অনীগী মীৎয়েংসি খাগা-ব্রাংগদা লৈরবগুস্বনি। ”

শান্তনুগীসি সিফাইদু পক্লা হায়রকপা মাল্লি।

“ ওজা ইবুংঙোদি চহী নৌনা প্রোফেসর ফমথোন ফংবীখ্রবা শক্লাইরবা মীয়ামগী সাইন্টিষ্টনি, পুকচেল চাউবনি, মীনুংশি চেনবনি। য়েলহৌঙৈ মতম অমদা শাগৎপীখিবা মঙলান অদুদা ওইজবা থিবা অমসুং নমথাক অমত্তা য়াওদ্রবদি মঙফাওনবগী ব্রাখল করিগী থাদোকপীগদৌরিবগে? ব্রাফমদু নীংশিংবীরক্কবা হোৎনবদা পুন্সিসি কৎথোকখ্রগে খন্দুনা ঐনা ওজাবু থিজরক্লিবনি। ”

“ বালা, নঙ ব্রারৌগনু। মীওইবগী ব্রাখল অমসুং থৌরাং ফিভম অমদি তাঞ্জাগী মখা পোনবনি। অহোংবা নাই। মতম অমগী ঐগী মঙলান

লম্বী মাঙখ্রে। অমম্বগা কন্না য়েৎশিন্নরকপদগীনি। হৌজিক্তি তরু তরুবা অঙানবা লম্বী অমা থিবা হৌরবনি, মসিদা থৌনা লৌশিং পূম্নমক শিজিন্নখিবনা নঙবু তরাম্না ওকচনবা অমসুং পেলহন্নবা লৈজরম্বা পাঙ্গল ফাওবা মাঙখ্রবনি। অরোইবা পম্বুং তানবদা মায় পাকপা ওইয়ু হায়বা আশীর্ব্বাদ অসি নত্তনা ঐ নঙোন্দা করিসু তেঙবাং পীবা ঙম্লোইদৌরি। ৱারৌগনু। হৌজিক অঙাংশিংনা ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্লগনি। ৱাফম অমনা , ম্যানমারীজ সিফাইশিং নুমিৎ খুদিংগী ঐগী স্কুলদা লাকই, অকক্লবা মতম লৈতে। মরম অদুনা নখোয় নকশিল্লক্তবা ফগনি। নখোয়গা ঐগা উনবগী ফল করি থোকপা য়াই হায়বদু খনসি। ” শান্তনু থুজিল্লকই।

“ চৎচরগে ওজা। অদুবু, নহাক্কী পুক্নীংনা অনৌবা মায়ওন্দা অরেপ্পা থম্বগুম, ঐগীনা অরিবা ৱাশক অমা লৈ হায়বসি কাউবীগনু। ”

শান্তনু পাক লৈথোকখিবা ঙমদনা, পিরাং ঈহৌনা লেপ্পুনা লৈরবসু বালা অমসুং মহাক্কী লোয়নরকপা লানঙম উমং চঙখ্রে।

শান্তনুনা য়ুম য়ৌরকপদা উ-থান মথন্তা তোখায় তানা হৈনৌ পাম্বীগী উরুমদা ফল্লম্বা উরে। চিন্তা পুবা মহাক্কী শকফমদু অহোংবা লৈরমদে। মদু উবদা শান্তনু য়াম্না নুংঙাইরমদে। খূৎলাই পায়বা লালহৌবশিংগা মহাক মশাগা শম্নবা মরী লৈরে হায়বা অঙাংগী ৱাখল উরে। হৌজিক উ-থান্না মঙোন্দা থল্লিবা নুংশিবা অমসুং থাজবা হন্থরকপগী চিংনবা লৈরবনি।

ওহ্থোকপনি য়াম্না ৱানা, মতম চঙনা শাগৎচখিবা শান্তনুগী পুক্নীংগী শান্তি থুগাইরক্লি। ইন্দুনা মহাক্কী থম্মোয়দা মৈ চুরল্লে, বালানা অহীং নুংথিল মীকুপ খুদিংমক্তা তম্নলাই শাররবনি। ইন্দুনা লালহৌলূপ অমদা মেজর ওইদুনা দায়িত্ব চাউনা থবক পুবগুম বালাসু লেফটিনেন্নি। মখোয় অনীবু লূপ অমত্তগী ওইরমগদ্রা? ওইরল্লগনা করম্বা পার্টি? মখোয়দগী থৈদোক্লীংবগী ৱাখলনা হেনখিবনা ৱাফমসি হংহৌদ্রবনি। লমদম অসিদা মখোঙনা থোংনা ইরায় লায়না লাক্লগা শক উৎলরি, ঐগী লৈফম্নসু থিরকপা ঙল্লিবসিনদি মখোয় অনী পার্টি পূল্লম্বসু য়ারি, অদুগা মখোয়গী কেম্পসু থোইনা লাপ্পমফম থোক্তে। ফরে, অমবু ওইরো অমবু ওইরো, বালানা করিগীদমক

নুপী ওইবীশিংগা চুনবা ব্রাৎলবা হকচীনবা থবক অসিদা খোঙ থাংজিনখ্রিবনো? মখোয় মমা-মচা অনীবু মীনা লাকচবীবগী ব্রাথোক-লাম্হোকশিং অদু তুংদসু তত্তনা থোকখিব্রা? মদুগী লমন খুম্নীংবগী ঈখৌ লাংদুনা মহাক খূৎলাই পায়বা মীরোৎশিংগী মরক্তা তিল্লিব্রা? অদুদি, মহাক হৌজিক তংদু লৈতানা হিংবা পুন্সি অমগীদমক মঙলান অমা শাগৎপদা মতীক চাবা মীওইনি হায়বা য়ারিব্রা? ওইথোক্তে, মখোয়দি তুংগী মীরোল অমগীদমক তম্বা ঙমদ্রবা, শাংলবা লম্বীদা চত্তুনা পম্ফুং ফংনবা হোৎনবদা থব্রায় য়োনখ্রবনি। মখোয়গী খোঙথাং লাল্লি হায়রুবা মীশিংবু য়েক্লবা ওইনা উখ্রবা মীশিংনি। মখোয় নে-না তাবা পুন্সি অমদা অমুক হন্দোরকপদা মশাবু হাৎচবগা অমহা ওইগদৌরি। করিদনো মানা ঙসি থেম্বগী ব্রাঙাঙ অমা হৌরম্লিবসিবো? খল্লু খল্লুরগা শান্তনু বালাগী ব্রাখল ফাবা য়াম্না ব্রারম্মী। অদুগা, খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লদুনা থীরকখিবা বালাবু মহাক্না থওইখিদবদগী ফংলমগদবা ইকাইবগী চৈনাবুদি মহাক খন্দবা ঙমখিদে।

অমরোমদনা, মতম অমদা পোকমিন্নবা মনাওগুম নুংশিজখিবা ইন্দুগী মতাংদদি শান্তনুগী থম্মোয়গী বিচার ময়েক শেংলে। মহাক্কী লীচত্তা তুকচ্চবা হেনগৎলক্লি। উ-থানগী পুক্লীংদা চিংনবা অমসুং লাংতক্লবা অমা মরু হুলহনখিবা অসি ইন্দুগী খূৎনি। মাগী পার্টিগী কান্নবা য়েংবদা, মশাগী থৌনা অমসুং হে শিংবা উৎপদা পিক্লিবা অঙাংবু, শাইদাংফম থিজরকপা, মরাল লৈজদবা মমা-মপাগা কায়নহনবা ঙম্মী। মদুবু তমথীবা শাজৎনি করম্না হায়রোই। পাপ-পুন্যগী ব্রা তুংওইনরবা, নামতা য়েংলবা মখোয়গা শঙ্গ তৌফম থোক্লবনি। ইন্দুদু অয়ম্বা, তাৎ হৈবা মী অমনি হায়না শান্তনুনা খনবদগী হেন্দোক্তুনা মপান থোক্লা চৈবা ঙম্লে। হৌজিক উ-থানগী হৈনীংদবা কোক্লবা শান্তনু কুপ্না য়েংশিল্লম্মী।

তুমু অমসুং কলেব্রাদগী দিষ্ট্রিক্ট ওফিসর মরি সিফাই প্লেটুন অমগা নোংমা শান্তনু উনবা লাক্লম্মী। শান্তনুনা মচাশিংগা লোয়ননা স্কুল কাদগী থোক্তুনা মখোয়বু ওক্লুই। মখোয়বু শান্তনুনা স্কুল মনুংদা পুশিন্দুনা ব্রারী

শান্নরম্মী। মখোয় শান্তনুদা ৱাফম খরা হায়জবা লাকপনি — অপিকপা তুরেলশিংদা পল থিঙ্গৎতুনা শান্তনুনা হায়দ্রো ইলেক্ট্রিক থানবগী থবক পায়খৎলিবদু মফম খরদসু শেম্বীনবা হায়রবনি। শান্তনু তাঞ্জা য়েংলগা শোয়দনা মতেং পাংজগে হায়খি। ওফিসরশিং য়াম্না হরাউখি। মখোয়না চৎলমদাইদা শান্তনুগী অঙাংশিংগীদমক সাইকল মঙা, রেদিও অমা, ফি খরা অমসুং অচা অথক পেকেৎ মখল-মখল, ময়াম অমসু খুদোল পোৎ ওইনা পীরম্মী। সিফাইশিং হনখ্রবা তুংদা অঙাংশিং সাইকল মঙা ফংবদা য়াম্না হরাউনা শান্নরম্মী।

নোংমা হাপ্তা অমরোম লৈরগা নুমিদাংৱাইরম অমদা শান্তনু শুমাঙ মতোন্দা হৌবা হৈনৌ পাম্বীগী উরুমদা, টেবল থাদুনা অঙাংশিংদা মথং তম্বীগদবা পারা কন্না ইদুনা লৈরম্মী। তুংলোমদগী সিফাইগী ফিজেৎ শেৎপা নুপা অহুম মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা প্রপ প্রপ লাকই। মখোয়দু শকখঙদবা ঙাক্তনি। য়েংবদা অশাউবগী শকফমসু চেল্লি। করম্বা কাঙলূপ্নো অমদি করি মরমগী লাক্লিবনো হায়বা খঙনীংবনা শান্তনুনসু মখোয়দা মুন্না য়েংলম্মী।

নুপা অহুমদু মনাক য়ৌশিল্লক্লবদা শান্তনুনা অঙাংশিংদা বেঞ্চ অমা পুরক্লবা হায়খি।

মখোয় অহুমগী মরক্তা অমদি কুচু মুই, চহী কুম্থ্রাগী মথক ওইগনি। অনীদুদি কুনগী মখা ঙাক্তনি।

শান্তনুনা মখোয়বু বেঞ্চতা ফম্বীনবা হায়জবগা লোয়ননা মখোয়না ঙাঙলকপা তাগদবগী ঙাইরম্মী।

" দালাব হায়বদু নঙলা? " অমুবদুনা অৱালোন্দা হংলকই।

" অহোয়, করি তাকপীগদবা? "

" ঐখোয় ৱা খরা হংবা লাকপনি। " সিফাই মখা তাই।

" হায়বীয়ু, করি ৱাফম ওইরবনো?"

উ-থান অমসুং হুসেন্না পুখোরকপা ঈশিং মখোয় লৌরবসু থক্তে। নহা অনীদুনা মখোয়গী অহলদা তকশিল্লি, " মতম শাংথবা

ফরোই।"

শান্তনু খরা চিংনরপ তৌই, " ময়াম্বু করম্বা কাঙলুপ্নো? "

" মদু হংলগা করি তৌগে হায়রিবা? ঐখোয়বু ফাহনগেরো? " কুচু মুবদুগী খোন্দু কনখৎলকই, শান্তনুগী ব্রা তানীংদবগুম তৌই।

" অদুম্না তাকপীগনু, করি ব্রাফমগীনো ফজনা হায়বীয়ু। "

" নহাক্না ঐখোয়গী মথ্বায় কৎপ্রবা কমরেদ অমদগী নোংমৈ অনী হূরাল্লগা ম্যানমার সিফাইশিংদা পীথোকখ্রে। "

শান্তনু ঙকপনা ফন চোংখৎলি, " কদায়দগী নোংমৈ? করিনো তাকপীরিবসিবো?

" খঙশিন্নদবা য়ারোই। " নহা অমনা লাউরকখি।

খরা লাপ্তুক তারিবা অঙাং অনী, উ-থান অমসুং হুসেন, চঙশিল্লকুনা হৈনৌদা ঙারগা লেপ্লে। মখোয়গী বাবাবু মরাল শীদুনা উশিংতবা উৎলকপদা মখোয় য়াম্না খাঙঙমখিদে। শান্তনুনা মখোয়বুদি উদে।

" ইবুংঙোখোয়, ব্রাগী ব্রা ফজনা ঙাঙনসি। ঐ মদুগুম্বা থবক্তা হৈনবা মী নৎচদে। ঐনা করম্না নখোয়গী মীদগী নোংমৈ লৌগদৌরিবনো? অঙকপা ব্রানি। "

" ঐখোয়সু নঙগী থবক্তু ঙকই। ঐখোয় খঙঙি, সিফাইশিংনা নঙগী য়ুম থন্না পোৎ ময়াম পীরম্বগী মরম, শেলদি কয়া লৌহৌই। নঙগী নথক্তা ঐখোয় কুপ্না য়েংশিল্লিবনি। " অহলদুনা অকনবা ব্রা থারকই। " প্রমাণ মতিক চানা ফংবা নুমিৎতা নপুন্সি লোইরে খঙজৌ। নক্রুগা নোংমৈ অনীদু য়াম্না থুনা পীথোরকউ। "

শান্তনুনা ব্রাফম খরা শেংদোক্লবা হোৎনবদু মখোয় করিসু তাখিদ্রে। হেন্না হেন্নদুম শাউগৎলকখি। সিফাই অহুম চৎখ্রে। শকফম অমসুং লোলগী খোঙ্গোক্তগী মখোয় অহুমদু ম্যানমারগী লালহৌলূপ অমগী মী ওইরমগনি হায়না শান্তনুনা লেপ্লম্মী।

উ-থান মমিংতা ঈরা চেন্না ইমুংদা চঙখিরম্মী।

# ৩৭

অহমশুবা বেজ কেম্পতা ইন্দু অমসুং বালা পূল্লরে। অয়ূক্কী মীফম অমা লোইরগা চাক ঙাইবা ওইনা ময়াম অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা ৱারী শান্নরম্মী। অতিয়া শিনবা থুংনা মরোল মরোল নাইবা অমুবা লৈচিলনা খনখিবনা অঙৌংবা নুংশিৎ শিৎলকই। উ-ৱা, নাপী-শীংবী হন্দক মরক নোংনা তোয়না চামথোকপনা তরু তরুনা উই। বালানা করিগুম্বা খরা হায়নীংলম্বা য়াই খন্দুনা ইন্দু নাইতোম তানা ৱাগী বেঞ্চ অমদা ফম্লম্মী। ফর-ফরবা খূৎলাই পায়বা সিফাই মশীং য়াম্না হেনগৎলকপসিদা মহাক পুক্লীংদা চাউথোকচবা অমসু ফাওরি। বালা ইন্দুগী নাক্তা লাক্লে, নকশিন্নসু ফম্লে।

" সার, ঐ ৱা খরা হায়জনীংঙি। " বালা ফমথবগা হায়।

" ঐ তানীংবনা ঙাইরিবনি। " ইন্দু মোমোন নোক্লম্মী।

" ঐ ওজা শান্তনু উনররে। সংসারগী নুংঙাইবা, মিংচৎ অমসুং ইকাইখুম্নবীবদগী থাপ্না ইথোকপীরবা মীশক্লি। মহাক্কী পুন্সি মরেন্দু উরগা য়াম্না নীংঙমদে। "

" মদু নহাক্কী লম্নাই হিসাবনি, মপাম্থোংগী শক্তম অমা শাগৎলুবনি। মহাক্কী ৱাখল অমসুং অপাম্বা খ্বায় মীয়ামদগী তোঙাম্লম্বসু য়ারি, মহাক নুংঙাইনা হিংলি হায়না লৌরমগনি। ফরে, মহাক্কী অৱা-নুংঙাইগী ৱাফম থমখিসি। উননীংবগী থৌরাংবদু থৌজিক্তি কোক্লব্রা? "

" হোয়, মহাক্কী লৈফম খঙদবদগী পৈখৎলম্বা খোয়রাঙবদি মাঙখ্রে, অদুবু অনৌবা অৱাবা ৱাখল অমনা কন্না অমুক নল্লরি। মহাক্না উনরুবা মীকুপ্তগী ঐগী পুক্লীং ইচিন চিল্লে।

" করি মরমগীনো? "

" মহাক ঐগী ৱা তানীংদে, ঐগী অৱাবদা থওইবীদে। "

" মদুমক্তি হাকমল্লি, তাবদা ঐ ফাওবা থম্মোয় শোকই, নহাকপু ইকাই খুম্নবীফম থোকপনি। অদুবু বালা, ঐনা খনবদা হিংসা অমসুং অহিংসাগী বিচারনা মঙোন্দা নহাক্কী ৱা তাদনবা ইনশিল্লে। নহাক্না খূৎলাই থাদোক্লবদি মহাক্না নঙোন্দগী মায় লৈথোকপা মতীক ওইরোই। "

" মহাক্না হঙ্গোয়রিবসি ঐগী খূৎলাইদা নাত্তে। ঐনা শহবগী মীয়ামলক্তা নীংখা তন্না চৎলুরবসু ঐগী লন্নাই ৱা তানীংগদবা মাদ্রে। "

" অদুদি মহাকপু অমুক্তং উনজগে হায়না মতম অসুক কুইনা লাইনীং ওইদুনা থিজরকপগী মহৈদি করিনো? "

" মঙোন্দা থমজবা ইজ্জৎ-সনমান অমসুং অচেৎপা লাইনীং অদুগী মমল থম্বীদুনা মহাক শোয়দনা ঐনা হায়বা ৱা তাবীরক্কনি খঙ্ন্সবদু অরানবা তাগদৌরি। লোনচৎ-শাজৎতা তঙ্খায় অমা লম্বোইরবা মহাকপু য়োকচবা মচাশিংগী নুংশিবনসু পুনখ্রে। "

" অদুদি হৌজিক করি তৌগে খল্লি? "

" মহাকপু ফাদুনা পুবা, অরোনবা মফম অমদা। "

ইন্দুগী মশা পূম্বা অঙকপনা য়োমশিনখ্রে, মহাক বালাদা শংত্রিক য়েংঙি, " মদুদি ঙমগদ্রা? "

" সারনা খজিক্তং তেঙবাংবীরবদি য়াম্না থুনা পাঙথোকচরগে লেপচরবনি। "

" নহাক্কী নীংবা থুংবগী লম্বীদা মৈগী কোম্না থৎলবসু ঐ চোংথরগদবনি। "

" থাগৎচরি, সার। থবক অসি পাঙথোক্লবা থৌরাং ঐগী বুদ্ধিনা লাম্বদা ৱাই। অদুগী মথক্তা অহলশিংনা করি হায়রক্কদৌরি হায়বসু কিজদবা

নত্তে। ”

“ খনবদসু, থবক্তসু শরুক য়াবদুবু মরূপ কৌবনি। অহলশিংগা তান্নবা ঐগী ইথৌনি। ”

“ থেঙ্ক য়ু, সার। ”

“ য়ারে বালা, হয়েংমক নহাক থবক অদুগীদমক থৌরাংদা লৈরো। ”

বালা হরাউনা চৎখি।

অহীং চুপ্পা ইন্দু তূম্বা য়াখিদে। ব্রাখল অমগী মথংদা অমনি, নুংঙাইবা অমসুং অব্রাবা অনী পূল্লি। মহাক্লা ডা. অনিসাগী মফমদা থমখিবা ব্রাশক কোকথোক্লবা মতম লাক্লে হায়বসিদনা মপূং ওইরি। অদুগা ময়াম্বা অমগী মফমদনা নমথাক-নমজল। অসুম্না খনফম থোক্লিব্রা? ডা. শান্তনুবু উপায় অমনা য়ূম্বানবগী লম্বীদা পুশিন্দুনা খুন্দা-লৈতাহনবগী থবক পায়খৎপা হায়বসি পুণ্যগী লম্বী তানবনি লৌনফম থোকই। মসিগী লম্বী য়াৎনবা উপায়দা, লিনসু শিবা চৈশুসু তেক্তনবা, বালাদা তেঙবাংগনি হায়খ্রে, মদু লেপখ্রবা ব্রানি। মাঙজৌননা অহলশিংদগী অয়াবা লৌখ্রবা খোঙচৎ অদুগীদমক লোয়নগদবা মীশক খনবদা বালাসু য়াওহনবা তারবনি, মহাক্কী থবক্কা শমজিন্নবগী তাঞ্জা মাঙহনবা য়াদ্রবনি।

ইন্দুনা মাঙজৌননা অহলশিংদগী অয়াবা লৌখিবা খোঙচৎতি ডাকু ওইখ্রবা লালহৌবা অনীনা লোৎলম্বা, হৌজিক্লা মহাক্কী খূৎতা লাকখ্রবা সনা লূপা লৌবা চৎপনি, করিগুম্বা থেংনবা থোক্লবদি পার্টিগী ফগু ওইগদৌরি। মঙোন্দা পার্টিনা থাজবা য়াম্না থল্লি খল্লুবদা ইন্দু পেঞ্জরম্মী।

নোংঙানবগা ইন্দুনা লুচিংবা মী অহুমগী খোঙচৎ হৌরে। ইন্দু অমসুং বালাগী খ্বাংদা গ্রেনেদ অনী অনী, নাকন্দা অতেনবা নোংমৈ অমমম, নমদা বেগ, ইয়াং য়াংনা চৎলি। সর্জেন্টসু কারবাইন অমগা বেগ অমগা লোয়নৈ। মখোয়গী বেগতা অচা-অথক, হীদাক অমসুং অতৈ মরুওইবা পোৎলম কয়া য়াওরি।

শুক্লবা উমংগী নারক-শীংলক্তা, থেক-খোই চৎকদবনিনা

মখোয়গী লম্বী কিলোমিটর চনীয়াঙ্খোগী চাংদি ওইগনি হায়না পারম্মী। য়েক্লবশিংনা খোঙদাবা হৌরকখ্রবা লমদম অমা ওইরবনিনা মখোয় য়াম্না য়াঙনা চৎপসু য়ারোইদৌরি ; য়ামদ্রবদা, হঙ্গৎ-হন্দাদা থাখায় অমরোমগী মতম লৌগদৌরি।

লম্বী তঙ্খায় হেল্লক্লবদা অথাপ্পা খুলদগী হঙোই ফাবা পাখং লৈশাবী মযাম অমা লোক অমদা লৈরল্লে। মখোয়দগী থৈদোক্লবা হোৎনবদা ইন্দুখোয় বোর্দর তম্না চঙশিন্দবা য়াদ্রে। মদুগী কান্নবসু লৈ, মখোয় মোলচাম খুন নকশিল্লক্লি।

হৌজিক মখোয় মোলচাম খুল নক্লা চেনবা তুরেল লাম্থোক্লুনা পিল্লব পোষ্ট নম্বর ' ৬৭ ' য়ৌরক্লে। মখোয়না মফম অদুদা লাকখিবগী মরম ইন্দুনা তাক্লম্মী।

" বালা, মফম অসি য়ৌবনি, ঐখোয়না অযাবা ফংলকখিবা খোঙচৎসি। মীশক অমা উনরুবনা লন্নাই ব্রাফম্নি। "

বালা খুমদে, মহাক্কীদি শান্তনু উনবনা মপূং ওইরি।

" খঙজবে সাব, হৌজিক তৌগদবসি করিনো? "

" লোৎলম্বা পোৎ থিগদৌরিবনি। "

সর্জন্টনসু হংঙি, " লোৎপীরম্বদু কদায়দনো? "

" য়ৌরবনি, মফম শ্বাইদনি। "

" করি পোৎনো? " বালা খঙনীংলক্লে।

" হৌজিক লৌথোক্লগা, য়েংসি। "

বালা অমসুং সর্জন্ট মখা খরা হংনীংলবসু তুমিন লৈখি। হূরানবশিংগী কেচ রিপোর্ট ফজনা চীনফা পুরক্লবা ইন্দু লোৎফম ফংনবা থবক হৌরে। মহাক প্রিজমিটিক কম্পাস পুথোক্লুনা মায়কৈ লেপ্লে। ব্রাচেৎকী নাপচৈ শিজিন্নদুনা পিল্লরদগী নোংচুপ্লোমদা মিটর কুন চপ চানা ওল্লগা চৎলি। অরোইবা মফম অদুদা থাঙনা মচীনা তুমদুনা শেল্লবা ব্রাচেৎনা লৈবাক তৌথোক্লম্মী। মিনিট কুনলোম তৌরবা তুংদা, খ্বাংগী চাং লূরবনি, ইন্দু অরেম্বা তারগদ্রা খল্লকপা মীকুপ্তা প্লাস্তিক্লা য়োম্বা শউনগী বেগ অমা

থেংনরে। বেগকী চেন মচীন্দা লোল্লম্বা অপিকপা শো ইন্দুনা থুগাইরম্মী। হাংদোক্তুনা য়েংবদা মহাক্কী চিংনবা কোক্কে, স্বর চনীং তানা হোল্লম্মী। বেগ মনুংদা সনা খাঙেন খরগা ইন্দিয়ন করেনসি চামঙা চৎপী বন্দল ময়াম অমগা য়াওরি। হাইফেৎ য়েংবা নত্তনা ইন্দু মশীংদি থীখিদে; মহাক্কী নমগী বেগ অচৌবা মনুংদা হাপচিল্লম্মী। হৌজিক মখোয় থীন্দনা অমুক চৎপা হৌরে।

নুমিৎ তাখিদুনা মমশিল্লক্লবা মতমদা মখোয় অহুম উমংদগী থোক্তুনা লৌশঙ অমদা পল্লসি হায়না লেপ্লরে। কাঙ চিক্তনবা মায়, না, ঙকশম, খূৎনচিংবা ফিনা কুপ্তবা মফমশিংদা হীদাক মহী তৈবা লোইরবা তুংদা বিস্কুইট অমসুং চানা খরা খরা চারগা মখোয় পোৎথানবা থৌরাং তৌরম্মী। বালাবু শঙ মনুংদা তূমহল্লগা নুপা অনী মপান্দা ফি অমমম থারগা তিংথোক্লম্মী। মখোয় অনী পালি নাইনা সন্ত্রীগী থবকসু তৌখি।

নোংঙানগদবা য়াম্না ব্রাৎলিঙে মতমদা ইন্দুনা মরূপ অনীবু হৌদোক্লম্মী। মখোয় উমংদা উ থিবা মী য়াম্না থোক্লুরক্ত্রিঙৈদা চৎহৌবা ফৈ খন্নবনি, মখোয়দগী থৈদোক্লবা হোৎনবদা মতম য়াম্না চঙঙি।

মথং নুমিৎকী অয়ুক পূং তরেৎ তাবা মতমদা ইন্দুনা শাস্তনুগী য়ূম উরে। মায়ওন্দি মমাঙ লাকখিবগা খেন্নে। সর্জন্টপু নূংজাউ মরাং কায়না লৈবা অনেম্বা খাঙ্ত্রা উ লম্তক লম্তক হৌবা, অথাপ্পদগী য়েংবদা ঙাঙ্ত্রানবা মফম অমদা, অমুক থিরকপদা ব্রাদনবা, লৈহলহৌরগা ইন্দু বালাগা লোয়ননা চঙশিলক্কে। তুরেল কূমথরকপগা ইন্দু চপ লেপ্লম্মী।

"বালা, ঐ ব্রা অমা নীংশিংলক্কে। ইয়াম্বা শাস্তনুনা ঐখোয়বু ফিজেৎ অসিদা মহাক্কী অঙাংশিংগী মমাঙদা লাকহন্নীংদে, ব্রারী শান্নবসু পামদে। য়েংঙু, ঐখোয় খূৎলাইসু য়াওরি। ঐ ফিজোল হোংবা তারে, মহাকপু মফম অসিদা লাক্লবা হায়রম্লগে।"

"ফনি সার।"

ইন্দু খুদক্তা কম্বেৎ দ্রেসপু বেগতগী লৌথোকপা লূংগী অমসুং চেক মচুগী ফুরিৎ অমনা শিল্লগা মশাগী নোংমৈ অমসুং অতৈ পোৎ পূম্নমক বালাদা শিন্নরম্মী।

ইন্দু শান্তনুগী য়ুমদা পন্দনা লাকখি। ইশ্খোলগী থবক শূদুনা লৈরম্বা শান্তনুনা ইন্দুবু উবদা অঙাংশিংদগী তোখাই থোরক্তুনা ওকপা লাকখি।

শান্তনুনা কৌরকই, " থাজদনা ইনাও অমুক য়ৌরক্লে। "

" হোয়, ইয়াম্বা। ঐ লাকচরি, ব্বারী খরা তৌজনীংবদগী। তুরেল্লোমদা ঙাইহাক্তং লাকপীবা য়াগদ্রা? "

শান্তনুনা পাউখুম পীরক্ত্রিঙৈদা ইন্দু মমায় ওন্দুনা চৎখ্রে।

মচাশিংদা আলু মরক্কী নাপী ফোইদোক্লবা অমদি শূগদবা লমখৈ তাক্লল্লগা ইন্দুনা চৎখিবা মায়কৈ য়েংদুনা শান্তনু প্রপ প্রপ লাক্লম্মী।

শান্তনুনা তুরেল খোঙনুং য়ৌরকপদা খূৎলাই পায়বা সিফাই অনী শুরল্লে। মখোয়দা শান্তনুনা মুন্না য়েংলম্মী। ইন্দু অমসুং বালা পূল্লম্বদুনা মহাকপু য়াম্না ঙকহল্লি। মখোয় ইকাই খুম্নবা অমসুং নুংশিজবা উৎতুনা লেপখৎলকখি।

" নখোয় অনী পূল্লকপসি ঐ য়াম্না ঙকই, য়াম্নসু নুংঙাই। অদুবু মঙগা তাইবংগদি য়ানশিন্নরে। " শান্তনুনা হায়।

ইন্দু অমসুং বালা মোমোন নোক্লম্মী। মখোয় অহুম য়াম্না থুনা তুরেল ব্বাংমগী অশোঙবা নারক উরুম য়েংদুনা খুকউ মথক্কী অকনবা ঈচেল লাম্থোক্লবা হোৎনরে।

লিক্লা কংদ্রিবা চীংশু উনাশিংগী মথক্তা শান্তনু সিফাই অনীগা মায়োক্লনা ফল্লম্মী।

" চোকথরবা নখোয় অনীবু অরাম-খৌরাংবা কোক্লবা করিসু পীবা ঙমদবসি য়াম্না নুংঙাইতে। ঐ চাক থিল্লক্লবা তৌগে। " শান্তনুনা মখোয়বু নুংশিজবগী খুদম মীৎলুদগী চেম্থরকপা ঈরানা তাক্লক্লে, হংলকখি, " ইন্দু, নয়াম্বদা হায়নীংলিবসি করিনো? "

" ইয়াম্বা, ঐগী চীনসিনা হায়দোকপদা ব্যবহারদি থোক্তবনি, অদুগা, অসুম ফুমদুনা থম্বসু ঙম্লোইদৌরি, ঙাকপীয়ু। "

" হায়য়ু, ঐনা করি পাংবা ঙমগদৌরি, য়েংসি। " শান্তনু হায়নীংবা খরা খাণ্ডদুনা লৈরল্লবগুম চৎথরকখি, " পার্টিগী কান্ন-তোংজবা য়েংবদা

মীনুংশি মাঙথরকপসি ব্রাখল লৈবশিংগী মফমদসু থোক্লরে। মসিমক্তি অব্রাবগী মশক্লি, থম্মোয় পুঙমদে। লোনচৎ অসিগা নকশিন্নবা অমসুং শৌগৎপগী থবক্তি ঐ খক তৌরোই।"

মুন্না তারিবা বালা ব্রাহেশিং অসিগী অর্থ খঙনবা হোৎনবদা শান্তনুদা য়েংলম্মী। ইন্দুদি মঙোন্দা য়ৈরক্লিবদু খঙখ্রে।

ইন্দু তপ্না খুন্নকখি, " মমা-মপা কনবা ঙমখিদ্রবা অঙাং অদুগীদমক ঐ হৌজিকসু মৈচাক পুরি। মদুগী শাংলবা ব্রারী ইয়াম্বদা লীজরগা অব্রাবা শরুক য়ামিন্নজগে খন্দুনা তাঞ্জা ঙাইজরিবনি। মসি থমখিসি, হৌজিক ঐনা হায়জনীংলিবা ব্রাফমসি বালাগীনি, ইয়াম্বনা তাবীদবা তৌবীগনু।"

অনকপদা নাশোন-শউম অমা মখোয় অহুম্মক্না তাখি, লৈদুনা য়েংনৈ। করিসু উদে। ঙাইহাক্তু উনব্রাইমুক চিকই।

শান্তনুনা অমুক হৌদোকই, " বালাগী খুদোংচাদবা করি লৈরবগে? "

" মহাক্কী ব্রাকৎ তাবীয়ু। মহাকপু মীরায়বীগনু। "

শান্তনু ঙাইঙমদবা ফাওই, ইন্দুদা য়েংঙি, " ঐঙোন্দা অদুক য়াম্না কোইরিবা করিগীনো? ঐবু মীতোপ অমগুম উরব্রা? "

" ইয়াম্বনা বালাগী নীংবা থুংহনবীয়ু, মহাক্কী পুন্সি কনবীয়ু। "

" ইন্দু, মদুমদি ঐঙোন্দা অমুক খস্থনবা ব্রাখল লৈতে। মহাক্কী ফিভম্নসু ওইথোক্লরোই। "

" ওইথোক্লবা চাউনা লম্বী-লৈ। বালানা খূৎলাই থাদোক্তুনা য়ূম্লীংনবা চৎখিবদা অয়েৎপা পীবীদনবা ঐনা পার্টিগী অহলশিংদা কন্না ব্রাচৎচখ্রবনি। মদুদা অচৌবা মন্ত্রিক্লবা দীল অমা লাক্লবসু ঐগী পাঙ্গল লৈজে। য়েংবীয়ু, ঐগী খাউদা য়াওরিবসি লূপা লাখ য়াঙ্খোগা সনা তোলা কুন্থ্রাগনি। বালানা ইয়াম্বগা ভারতকী মনুংদা, অপাম্বা মফম অমা খন্দুনা লৈরুবা যানবা ঐনা অচৌবা শেলফমসি শিজিন্নজগনি। মদু পার্টিনা ঐঙোন্দা পীবা মনানি, ঐনা করিগীদমক কনাদা পীরুনবা খাকফম থোক্লিবগে? বালাগীদমক

ইয়াম্বগী থৌজান নিজরি।”

বালা মরক থৎনীংবগুম চীনবান মথক-মখা লেঙলি, অদুবু শান্তনুনা হানখ্রে।

“ইনাও ইবুংঙো, ঐগী সংসার অমা শেমগৎপা হৌখ্রবনি, চুম্মী মসিগী অকক্লবা মফম্মক্তি ঐ থোইনা লেপ্লীংদে। মদু নহাক্লসু খঙখ্রবনি। ঐগী শান্তি থুগাইবীদবা ফৈ।”

“বালানা মফম অসিদা ইয়াম্বগী সেবা তৌদুনা লৈবদা শান্তি মাঙহনফম থোক্তে খঞ্জে। বালাগী থম্মোয়নুংগী মীনুংশি হকথেংননা অমুক্তং খঙবীয়ু।”

হন্দক্তি বালা খাঙঙমলক্লে, মমায় ঙাংনা হৌগৎতুনা লাউরকখি, “ৱাফমদু ওন্নরে! সার! ঐগী ৱা অমুক্তং তাবীখো, সারনা নচলগী অশেংবা ৱাখল খঙবীদ্রি। মদু ঐগী ইরালনি, ফোঙদোক্তবদগী থোক্লিবনি। গুরুজন অমগী মফমদা ঐনা করম্না ৱাফমসি হৌদোক্কদৌরিবনো? হায়দবদি য়াদ্রবনি, মরমদি অর্থ লান্না লৌনবদগী ঐ অচৌবা পাপ লঙশিনগদৌরি।”

নুপা অনী মখা তাহন্নীংবগুম বালাদা য়েংলম্মী।

“ইবেম্মা বালা, মতাং অসিদদি হঙ্গোয়বা থাদোক্লসি, পুক্নীংগী অশেংবা ৱারোল ফোংদোক্লসি।” ইন্দু তকশিল্লি।

বালা ইকাইবা খাঙদুনা পিরোইননা হায়, “ওজা শান্তনুদা হরাউনা পম্থৌ অমুক্তং কৌজগে। তূমদুনা লৈরুরবা ইমাগী নুংশি-নুংওনগী ঈথক-ঈরাংবু নৌনা য়াকাইহনবীরম্লগা শামায় লৈদুনা চেনবীখিবা তৌবীগনু। ইমানা মচা ঐগী ইফমদা নংখিবা ইকাইবা ওজাগী থৌজালনা কোকহনবীয়ু। মসিনি ঐগী লাইনীং” বালাগী ৱাঙাঙদা ময়াই কারকই, “ওজানা ইমাবু নুংশিখি, যূম্বানবগী বার্ত্তন তৌবীখি। চমজরবী ইমাবু মঙলানগী ঈপাক্তা তাউহনখি। মদু খঙলকপদা ঐনা নংখিবা ইকাইবা অমসুং খাঙখিবা অৱাবা করম্না ফোঙদোকসিগে! চৈনা অদুগী লমন্দা ঐনা ওজাবু ঐগী অপোকপা ইপামক্লি খঞ্জখ্রবনি। মসি য়াবীয়ু। ঐবু নচামক্লি খন্না লৌশিনবীয়ু। ইমাগী নাক্তা লেঙবীয়ু; অনৌবা সংসার অমা শেমগৎনবা

মতম লৈরি। ”

ইন্দু ঙকমনবদগী ফুক হৌগৎলকই, মফম খঙদনা খোঙকাপ অনী-অহুম থাংলুই। মহাক তপ্না লৈশিল্লকই।

“ বাল্মা নঙগীসি ভীষ্ম অমসুং সুর্পনাখাগী য়েৎশিন্নরবা ৱারী মানশিল্লক্লে। ঐ ভাব তাবা ঙমদে। হৌনদবা থবক অমগীদমক ঐবু করিগী খোঙলোয় ওইহনবীরিবগে? ইয়াম্বা অমসুং নহাক্কী তংদু লৈতাবা পুন্সি অদুবুনি ঐনা শেংনা উজনীংখিবা। নহাক্কী পুক্নীংগী কোচি অদুবুদি ঐনা খঙখিদে। করিনো মতৌ অসিবো! ঐ ইয়াম্বদা ইরাল অমা লঙশিনগদৌরিব্রা? ”

“ সার, ঐনা ঙাইজরিবা পাউখুমসি তাবীখো। ”

শান্তনুগী শক্তম তূম্লুবদগী মীকপ থোরকপগা অমহানি। মহাক পাউখুম অমা শেম্লবা ৱাহৈ লেংশিনবা হোৎনবম্মী। অশাউবা মতৌ উৎথোক্লবসু থম্মোয়নুংদদি চাউরবা নিন্দা অমা লৈরে।

“ ইবেম্মা বালা, ঐবু অদুক হাক্লা থম্মোয় কনবা তাহনগনু। ঐসি কুইর কুইরগা ৱাখল লৈতবদগী ইরাল কয়া লঙজরুবা থোক্কদৌরি। ঐনা ইবেম্মগী ইমাগী মফমদা অরানবা, নত্তবা ৱাখল খনখিবা লৈতে। অমাংবা মিৎয়েংসু থমখিদে। নহাক্কী ৱাফমদু ওন্নরে। ”

“ ইমাগী ইজ্জৎ কনবীখিবা, ঐখোয়বু খুদোংথীবদগী ঙাকথোক্লবা হোৎনব থবক ময়াম অমনা সাক্ষী পীখ্রে ; ওজা ইমাগী ৱাখন্দা পুক্নীং লূপখি চেনবীগনু। ওজাগী খূৎমক্লা ইমাদা ইবীরকখিবা চিঠি পারুবগী দোষ পুজরিবনি। ”

“ ঐ খনখি, য়াম্না খনখি, অদুবু নঙগী অর্থদু লাল্লি। ” শান্তনু তেঙবাংবীয়ু হায়বগুম ইন্দুদা ওনশিন্দুনা মখা তাই, “ ইনাও, নহাক নীংশিংলমগনি, ঐগী থম্মোয়নুংগী অথুপ্পা ৱারোল নোংমা ঐনা নঙোন্দা ফোঙদোকখি। ঐ মীশক অদুগী নুংশি-চিন্তা পুরি। অদুবু, হৌজিক্তি থৱায়শিংগী ওইবা থৌদাং অমনা খূৎ খোঙ পুল্লবদা, মহাকপু কাউথোকপা মানবা লোনচৎ অসিগীদমক ইশাবু দণ্ডি পীজরবনি — ঐ মহাক্লা নত্তনা

পুন্সিদা কনাগসু নুংশি মরী শাগৎলরোই। ”

“ ইমাগী মখৃৎতা ওজাবু অমুক্তং শিন্নবা হায়বসি ঐগী ব্বাশক্লি। ঙসি কৌবা নোংজাদগী ওজাবু ঐনা বাবা কৌজরবনি। ঐনা ব্বাশক ঙাকচবদা তেঙবাংবীয়ু। ”

“ মদু হায়হৈদবা ব্বানি, ইবেম্মা বালা। ঐঙোন্দা পোৎলূম অমা থাঙ্গৎপীগনু। ”

“ করিগুমবা বাবানা য়াবীদ্রবদি, ঐদি ব্বাশক ঙাক্লবা অঙম্বা উপায় থিজগনি, নচাবু ঙাকপীয়ু। ”

“ ঙাইখো বালা, ইয়াম্বদা নহাক্লা থাবিবা খোলসি য়াম্না লূদে। নহাক নেমথখো। ইয়াম্বসি নহাক্কী ব্বাফম খন্থনবা মতম ফংদ্রি। ঐখোয় অমুক লাকখিসি, ঙসিগীদি চৎলসি। ” ইন্দু শান্তনুরোমদা ওনশিল্লকখি, “ ব্বাফম অমত্তং শেংদোকচনবা মতম খবদং নীজবি। ”

“ করিনো হংগদবসি ঐ তশেংনা কিরবনি, ইন্দু। ”

“ চিঠিগা লোয়ননা ঐয়াম্বগী য়ূমদা ঐনা থাজখিবা অঙাং অদুগী মতাংদা ঐ অশেংবা থৌদোক ব্বারী লীজগে। নোংমা লাকচখিগনি। ”

ব্বা কয়া লৈরবসু লোইশিল্লক্লবগুম ইন্দুবু শান্তনুনা চেৎনা কোল্লম্মী। বালাগী পুক্লীং ফাথনবা হায়রম্লগা শান্তনু চৎখ্রে।

হল্লকপা লম্বীদা বালাগা ইন্দুগা ব্বা ইঙাঙ-ঙাঙনদে। মখোয় সর্জন্টনা ঙাইফম য়ৌরক্লে। ইন্দুগী মায়থোং ব্বাখন্দা মুনবগুম সর্জন্টনা উই, অদুগা বালাদি অশাউবা লোয়নরক্লি। মখোয় অহুম খাউ হাংদোক্লুনা অরাম্বা কোকহন্নবা অচা-অথক লৌথোক্লরম্মী। পুক্লীংগী লাংতক্লবনা ময়াম্বা শান্তনুনা মখোয়গী চাক-ঈশিংগী ব্বাখল কাউখিবনি খল্লুবদা ইন্দু নুংঙাইজদে।

চাবা থকপা লোইবগা ইন্দু চৎনবা হৌগৎলকখি। অদুবু, বালাদি ফমদুনা লৈরে।

“ সারনা ঐগী ইতেং করিসু পাংবীদে। ” বালা ব্বারৌনা হায়।

“ বালা, নহাক্কী ব্বাখন্দু ঐনা হান্না খঙলম্নবদি অতোপ্পা মী অমগা ইয়াম্বা উনবদু চৎমিন্নৌ হায়রমগদবনি। ঐ পাঙ্গল থোক্তে। ”

" হৌজিকসু ঐখোয় সর্জন্ট লোয়নরি। মহাক্কী মতেং লৌবা য়াই। "

" মদুদা ঐগী অথিংবা লৈতে। " ইন্দুগী মায়থোংদা অশাউবগী মমি তাই।

" অদুদি ফরে, " বালা শীংনবগী ৱাঙাঙ তৌই, " সর্জন্ট, নহাক্না ঐগী থবক পাঙথোকপীরো। ঐখোয়না চৎলুবা য়ূমসিদা শান্তনু কৌবা নুপা অমা লৈবনি। মহাক ওজানি, ছাত্রশিংগী মপানি। মহাকপু ফারগা মফমসিদা পুরকউ। ঐনা ৱা খরা হায়নীংলি হায়য়ু। নহাক থম্মোয় কন্দ্রবদি থবক্তু পাঙথোকপা ঙম্লোই। মফম অসি য়ৌরক্লগা সারনা ঐগী ইতেং পাংবীদ্রবদি ইথন্তা শিজগনি। "

" ফনি মেদাম, ঐ হোৎনজরক্কে। "

সর্জন্ট চেনবগুম য়াঙনা চৎখি।

সর্জন্টনা তুরেল তারকপদা নুপা অমা লাপ্তুক ঈরুজনবা থৌরাংদা লৈবা উই। মহাক খূৎলাই পায়বা শকখঙদবা মাবু উবদা চপ লেপ্তুনা য়েংলকখি।

" ওজা শান্তনু ওইবীরব্রা? " সর্জন্ট চঙশিন্দুনা হংলুই।

" হোয়, করি হায়বীগদবনো? ইবুংঙোবু কনানো? "

" ঐ মেদাম বালানা থারকপনি, ওজাবু কৌরুনবা। ওজা লেঙলক্তবা য়াদে, ঙাঙনগদবা ৱা খরা লৈরি হায়রকই। চৎনবা তৌসি। "

" ইস! করি ৱানো ইবুংঙো? ঐ চৎলরোইদা। "

" তৌবীগনু। "

" হৌজিকপু করি ৱা ঙাঙনখিনি, ঐগী ফিরেপ্তি খঙহনখ্রেনা। "

" ৱা লৈরি হায়, ওজা লেঙঙসি। "

" ইবুংঙো ঐ চৎলরোই। "

" ওজা ৱারৌবীগনু। ঐখোয়দি য়াথং ঙাকপদা ব্যবহার লোনচৎ থোক্তবা থবক কয়া তৌরক্লবনি। ৱা খরা ঙাঙনবীরগা অমুক হনবীরকউ। ঐগী অৱাবসু য়েংবীয়ু। "

" ফরে, ফরে। "

শান্তনু ফিহোং-লৃংগী মকোক্তা য়েৎশিল্লগা শাউনীং শাউনীং সর্জন্টকী মতুং ইল্লম্মী। মখোয় ব্রা মচেৎ অমা ঙাওনদনা সর্জন্টনা মাঙ থাদুনা উমংলোমদা অসুম লাকখি। মখোয়না উমং হেক চঙলকপগা খোঞ্জেল অমনা বর্মা লোন্দা লাউরকখি, " হৈ! খৃৎলাই পায়বা , নঙ কনানো? কবম্বা লালহৌবা কাঙবুনো? লমদম অসিগী মী নম-হাদুনা পুবা য়াবোই। নঙ ঐখোয়গী খৃৎতা শিনীংদ্রবদি মীদু থাদোক্লগা চেনখ্রো। নত্রবদি, ব্রার্নিংনি মসি খঙঙু! "

দং-দং, এতোমেতিক বাইফলদগী কাপথোকখিবা মরু অনীগী খোঞ্জেলনি। সর্জন্ট ইঙাও ঙাওই, খুদক্তা অশোঙবা নারক্তা চোংশিনখি। শান্তনুদি ইঙক ওক্লা চপ লেপ্তুনা মাযকৈ মবিদা যেংলম্মী। মহাকসু খোঞ্জেলগী লাকফম খঙদে। পৃমচিক চিকখ্রে। মহাক্কা লোযনবম্বা নুপাদু মিনিট মঙাবোম ঙাইদুনা যেংঙি, থোবক্রে। শান্তনু তুরেল্লোমদা তপ্না তপ্না হনখি।

## ৩৮

এস.পি. প্রিয়া মণিপুরদা অমুক হল্লক্লে হায়বা পাউ শকুন্তলাদা য়ৌহল্লকখি। হন্দক্তি খুদক্তা মহাকপু উনবা লাকখিদবদা মহাক নুংঙাইজদে। থবক চিনমনবদগী প্রিয়ানা লাকপা ঙমদবা ওইরমগনি খল্লম্মী। মরক মরক্তা, করিগুম্বদা, ইমুং মনুংগী ওইবা, অনা- অয়েক্কী অমসুং পুন্সি মরেলগী মরমদা অদুক ব্রাহং পাউহংনবা নত্তনা শান্তনুগী মতাংদদি মখোয় অনীগী ব্বারী লেপখিবা য়াম্না কুইরে। মদু শকুন্তলাগী মায়কৈদগী লন্নাই অথিংবা খরা থমখিবদগীনি। লোয়ননা বালাগী থৌওংনা মমাবু ইকাইহনখি, লোন্না হঙ্গোইজরিবনি। ব্বাখল অসিনা মখোয় অনী লাপথোক্লবা মালহল্লে। প্রিয়া শোয়দনা নোংমা উনবা লাক্কনি হায়রকখিবনা মরম ওইরগা শকুন্তলা ঙাইবগী অব্বাবা পুরি।

মচানুপীগী খোঙথাংগী মরীদা শকুন্তলানা প্রিয়াগী মফমদা খাঙলিবা ইকাইবা অসিদগী হেন্না, সংসারসিদা খম থেংনা, হঙ্গোইজবা মীশক অমা শোয়দনা ঙসি মহাক্কী য়ুমদা কোয়রক্কনি হায়বা পাউ থারকখ্রে। শকুন্তলানা মহাকপু ঙাইরি। অদুবু য়াম্না তাংনা উনবা ফংবা মীশকসি তরাম তরাম ওকচনবা থৌনা মাঙশিল্লক্লি। হায়রকখিবা পুংফম য়ৌশিল্লক্লবদা শকুন্তলা গেটলোমদা য়েংবা তোয়রে। ইকাইখুম্নরবা অতিথি য়ৌরক্লে, শকুন্তলা চেম্প্লোক্লুনা গেটতা ওক্লম্মী।

শকুন্তলা মোমান নোক্লুনা মখূৎ লোন্নে, "নমস্তে, ডাক্তর।"

" নমস্তে, ঐ য়ৌজরক্লে । " ডা. অনিসা কারগী থোঙ হাংদোক্লুনা কূমথরকখি ।

শকুন্তলানা অনিসাগী মখূৎ পায়দুনা, ময়ূমদা পুশিল্লম্মী ।

নুপী অনী সোফাদা মায়োক্লুনা ফম্লরে । লাঙতক্লবা কুইমল্লকপদগী শকুন্তলাগী শকফম তাইফেৎ তাইরে । অনিসানা ফক্লাংদা থেৎপা ফোটোশিং মথং মথং য়েংলকপদা লৈ- পরেং য়ানবা অচৌবা ফ্রেমগী মনুংদগী গম্ভীরনা মঙোন্দা য়েংলকপগুম তৌই । করম্না লোৎকনি, মহাক শ্বাই পাখৎখিবদু, অমুক য়েংবা ঙমদনা লুকথরম্মী ।

" শকুন্তলা, " অনিসানা হৌই, " অনৌবা করি পাউ লৈবগে ?"

" ডাক্তর, মরকসিদা টেলিফোন কোল অমা লাকখি, বালা মখোয়গী পার্টিগী মরুওইবা মীশক অমা ওইরে হায়রকই । "

শকুন্তলা মীৎলু ঈহৌরকপনা খুন্বা ৱায়, অনিসাদা য়েংবসু ঙমদে । মহাক শোম্বাংনরপ ' চা ' হায়রগা য়াম্না থুনা হৌগৎখ্রে । অনিসা মহাক্কী ৱাঙাঙদা অশোয়বা য়াওখ্রবা খন্না নুংঙাইজদে । শকুন্তলাগী ফিভম হৌজিকসু অসি য়ৌনা শোক্লমখিনি খঙলম্লবদি মহাক লাক্লমদবনা ফবনি খল্লকখ্রে । মঙোন্দা লৈবা হক অদু মহাক হেঞ্জিন্না শিজিন্নবা পামজদবনি । ৱারক- ৱাতেম্বা ৱাৎপদগী বালাগী পুন্সিদা খুরৌ চেনখিবনি হায়বা অনিসানা খক খনখিদে । অদুবু, শকুন্তলা ওন্নবা ৱাখন্দা মহাকপু উবদা ইকাইজবা উৎলি । মসি মহাক্না মফম অসিদা লাকপসিনা থোকহল্লিবনি খল্লুবদা নীংঙল্লক্লে । অদুগা, ৱাফম অমনা মশাবু অমুক ফাথজে । থোকখ্রবা থৌদোক্কী অশোয়বা হায়বা লাকপা নত্তে । তুংদা ওইরকপা য়াবা আশা অমগী মমি উৎপা লাকপনি । মখোয় অনী অৱা- নুংঙাই খরদি খাঙমিন্নবদা মরম চায় ।

শকুন্তলা ট্রেদা চা কপ অনীগা বিস্কুইট খরগা পুথোরক্লুনা টেবলদা থম্লগা হান্নগুম ফম্লরে ।

" ডাক্তর, চা পায়বীয়ু । "

" থেঙ্ক য়ু । " অনিসা চা পায়খত্তুনা মহাক্না লাকপগী মরম খঙহন্নীংবগুম য়েংলকখি, " ঐ নঙোন্দা পাউ অমা তম্নীংমনবদগী লাকপনি ।

“ হায়বীয়ু । ”

“ চহী অমরোমগী মমাঙদা মনুং হঞ্জিন্না লৈবা চীংগী লম অমদা অৱাবা তারবা অন্দরগ্রাউণ্ড ওফিসর অমবু ঐনা তেঙবাংখি । মহাক লাইরিক য়াম্না হৈবা, ৱাখল লৌশিং থৌবা, হৌন- লেনচৎ খঙবা পাখংনি । তৌবীমল কাউথোকপা ঙমদবা নুপাদু ইকুই কুইদনা ঐবু উনবা লাক্লম্মী । ঐদি মহাক্কা ঙাঙন- হায়নখিবা, শান্নখিবা ৱারী পূন্নমক অরেম্বা তারগদ্রা হায়না অসুম খল্লুই ।”

শকুন্তলা মরক থৎলকখি, “ মীনুংশি পক্তবশিংদুনা লাক্লবদি করিগী ওইরুনি, পৈসা দিমাগুগী নত্তনা। ”

“ ঙাইখো , শকুন্তলা, ঐ হায়গদবা ৱাৎলি ।” অনিসা চেকশিল্লি অদুগা তপ্না মখা চৎথে, “ ঐ ভারতকী অৱাং নোংপোক লমদমদা লালহৌরিবশিংগী পান্দম, মখোয়না ভারত্তগী তোথাই তাদুনা নীংখা তম্নবা শাগৎলিবা মঙলান, মখোয় মনুংগী মত খেন্নবগী ঈচেল, অচাউরম তান্নবা, মখোয়গী মপাঙ্গল অমসুং অতোপ্পা মীরৈবাক্কী মীশিংনা পীরকপা মতেং পূন্নমক খঙনীংবা য়াওনা কুপ্না নৈনৈ । মদুগী মরম অমদি ঐগী ইমা- ইপাগী মীৎকী মনি ওইজবা য়াম্না তাঙনা লৈজবা ইবুং অমা অমেরিকাদা অচৌবা থবক অমা তৌরম্বদগী থাদোক্তুনা চীংগী লালহৌলূপ অমদা য়াওখ্রে । ইবুংদু ঐগা লাপ্নে, উনবগা মরৈ হেক্তা য়েৎনৈ । খুদোংচাখ্রবশিংনা শোৎথহৌরিবশিংবু নমথবীরি, হম্বুনা য়েংবীরি হায়বগী মলোম্না মহাক্কী থম্মোয়নুংদু পিক থল্লি । শেল- থুমগী ফিভমদা খেন্নবা লৈতবা, প্রজাশিংনা লৈবাক্কী থবক্তা চপ মান্নবা থৌদাং লৌমিন্নখ্রবা দেশ অমত্তং মমিং পীয়ু হায়রুবদগী মহাক্লা ঐবু য়েক্লবা ওইনা লৌখি । ঐবু মহাক্লা ‘প্রো- ইন্দিয়ন’ কৌই । অহৌবদগী ঐখোয় তাইবং মী মশেলনি হায়বা ঐগী শিনফমগী ওইবা ৱাঙাঙনা মাবু হেন্না হেন্না শাউহল্লি । অদুবু শকুন্তলা, ওফিসর পাখংদুদি ঐগী মরৈ ফজনা তায়, পাউখুম পীনবা হোৎনৈ । ঙমদবা মতাং লাকপদা খন্ননবা থম্মী । লালহৌলূপশিংদা য়াওরিবা নুপীশিংনা থেংনরমগদবা অৱাবশিংদু ঐনা অসুম হৌদোক্লুবদা মহাক পুকচেল শেংনা নৈননীংখি । পার্টিগী মনুংদা মখোয়গীদমক য়াইফ- থৌরাং লৌখৎপগী

তাঙাইফদবা ফোঙদোরকখি। থেমদুনা নত্রগা কিহন্দুনা পার্টিদা পুশিল্লকপা নুপী মেম্বর ইয়াও য়াওদে হায়বা লানগনি মতৌ অদুগুম্না য়াওজগে হায়না লাকপশিংবুসু চঙহনখিদবা কোঙ্গায়নি হায়বদা থাজবীফম থোকই। মদুগী খুদম পীবদা, মখোয়গী পার্টিনা পায়খৎপা জাতিগী থবক্তা মপুঙ্গি কচ্চরগে হায়না মঙোন্দা ইহান হান্না থেংলখিবী লৈশাবী মচা অমনা হায়জবা ব্রাফম কয়া মহাক্না কহ্নোকখি, মথক্লোমদা পুখৎখিদে। কাইনথংদা মহাকপু লৌশিনখি। মহাক্কী ব্রাফমদু শৌগৎনবা হোৎনবদা, খুদম- চাংদম পীরকপদা, মহাক্কীদু শোয়খিবদগীরা নত্রগা ঐনা করিসু খঙলম্লোই খনবদগীরা, বালাগী মমিং পল্লকখি। ঐ বালা কনানো, কদায়দগীনো, মশক- মতৌ করম তৌই হায়না হংদবা ঙমখিদ্রে। পাখং অদুনা পীরকপা শক্তাক মরী মখোঙদগী লৈশাবীদু নচা নুপীনি হায়বা খঙলকখিবনি। বালাবু ব্রাখল হোংহন্দুনা, লূপকী মপান্দা, খুন্দা লৈতানা লৈরুনবা ঙম্বমখৈ তক্লগনি হায়না ওফিসর পাখংদুনা পল্লি। মহাক্না হায়জবদা পার্টিগী অহলশিংনা শোয়দনা তাবীগনি, মদু মহাক্কী থাজবনি। করিগুম্বা বালানা মখোয়গী মনুংগী মীদা খোয়দাবা য়াওরমদুনা যূম্বান্নীংবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লবদি অহলশিংনা অপনবা পীবীদনবা হায়জগনি হায়নসু পাখংদুনা অচেৎপা ব্রাফম ফোঙদোক্লমখি।"

"মদুনা ঐবু করি নুংঙাইহনগনি? ইচাগী চেংলৌ উনীংবগী মথক্তা ইশুবু শকখঙনীংবগী খৌরাংবনা হেন্না হেন্না থব্রায় অসি কেমহল্লগনি।"

"শকুন্তলা, কান্নবা লৈ। মীওইবনা মচাগী তুংগী য়াইফনবা খনবদা মশাগী ব্রাশক থুগাইবা ঙম্নরিবনি। তশেংনা হায়রবদা, পাউ অসিনা নহাকপু খজিক্তং ওইরবসু নুংঙাইহনগনি খন্দুনা ঐ তম্বা লাকপনি।"

শকুন্তলা পঙলিবা অঙাংগুম শংত্রিক য়েংঙি, মচীন্দসু শোল্লি "হে ঈশ্বর!"

"অদুনি ঐখোয় মপু মাগী খূৎতা শিন্নফম থোকই। ফরে, ঐ অমুক চৎলগে।"

"ও! ডাক্তর! মতীক চানা সেবা তৌবা ঙমজখিদ্রে।" শকুন্তলা

মীকপ থোরকপগুম হৌগৎলক্লে।

নুপী অনী য়ুমদগী থোরকই। থোঙ্গাল ব্রাংমদা থাবা কারদা অনিসা কাখৎখিবগা থোঙদগী মঙক থিন্দোক্তুনা হায়রকখি, "নহাক্কী য়াইফগদবা পাউ লৈরবদি ঐ নহাকপু উনবা লাক্তবা ঙম্লোই।"

"থাগৎচরি ডাক্তর, মতম পূম্নমক্তা তরাম্না ওকচরি। ঐ লৈজহৌরে।"

অনিসা চৎখ্রে।

শকুন্তলা হঞ্জিল্লক্তুনা হিপফমদা তিংথোক্লম্মী। নাইতোম তরক তরক হিংবা পুন্সিদি ব্রারৌফমগী ব্রারৌফম ঙাক্তনি। অদুনা হায়নবিবনি, লুখ্রা কপচেৎপী, পাখ্রা ব্রারৌচাউ। শকুন্তলাদা অনীমক্লা পূল্লরি। ঙসি মহাক্কী হাঙলবা, মৈরিনা তোয়না চাকথেকখ্রবা থম্মোয় অতিয়াদা নোংলীক পুবা লৈচিল মপৈ অমা খঙহৌদনা পাইবক্লি। বালাবু তংদু- লৈতাবা পুন্সি অমগীদমক লূপ্তগী মপান থোকখিনবা ইনশিনবা য়াওরক্কদৌরি। পাউ অসি কদায় ফাওবা চুল্লমগদৌরি? মচা লৈশাবী অমনা লালহৌবা য়াওখ্রগা তুমিন লৈথোকই, অরানবা খোঙথাং থাদোকহন্দুনা মপান্দা পুথোরক্লবা হোৎনদে হায়বগী ব্রাকৎ য়াওবা অনিসাগী ব্রাঙাঙলা? হোৎনখিদবা নত্তে, উপায় লৈখিদবনি হায়বা পাউখুম পীহৌদবগী নীংঙমদবা লাক্লি। প্রিয়ানা বালাবু থিবসি মশামক্কী থবক ওইনা লৌখ্রবনি। অদুদি করিগীনো, হৌজিক শকুন্তলানা অনিসাগী মফমদা ইকাইবা নংলবগুম তৌরিবা? শকুন্তলা ব্রাখলনা নম্থরকখি।

ঙসিদি নুংশিরবী মচানুপীনা শকুন্তলাগী মাঙদা চপ চপ লেপ্লরি। করিগুম্বদসু বালানা অঙাং অমা মখূৎনা শমদুনা চৎপা উরকখি। মহাক্কী থম্মোয়গী মীহুল দং দং চোংঙি। কনবীনবা উপায় থিবদা প্রিয়াগী মিং তোয়না শোল্লম্মী।

শকুন্তলাগী ব্রাখল পরেংনি— ঐনা ঙমদবা থবক অনিসানা ঙম্মী। মহাক্লা বালাগা পাউ ফাওনবা ঙম্বা মী উনবে। মহাক্কী ব্রাবীদা লোত্তুনা থম্বা খরসু লৈরমগদবা মাল্লি। মী অদুনা বালাবু পুথোরক্লগে হায়বল্লবা

জাংলা? মতম অসিদা ঐ থিফম- হংফম খঙদ্রে হায়দুনা পঙশিন্নদুনা লৈথোকফম থোক্ক্র। বালানা তৌবীমল উৎনবা হোৎনরকপদা অনিসাগা নকশিন্নখ্রবদি ঐগী মাঙজবা করিনো? হৌজিক ঐগী মী লৈ, প্রিয়ানা থিরিবসি অসিগুম্বা পাউসিনি। ঐনা করিগীনো মরম ইচা চাদনা মাঙোন্দগী লাপথোক্লিবসিবো? মহাক্না থৈরবসু ঐদি মঙোন্দা হায়জ- চৎচবা লেপ্পা য়াদে। মহাকপু ঙসিদি ময়ূমদা লৈরমগদ্রা নত্ত্রগা ওফিসতা? মহাক্না দিল্লীদগী থুংলখিবসি ঙসি তকক্লি শুখ্রবনি।’

শকুন্তলা মোবাইল ফোন পায়খৎলি। প্রিয়াগী নম্বরদা কিৎ কিৎ নম্মী। মহাক খুদক্তা উনবা লাক্কে হায়না পাউ পীখ্রে।

শকুন্তলাবু প্রিয়ানা ময়ূমদা ঙাইদুনা লৈরম্লি, মহাকপু তরাম তবাম্না ওকপা থোরকখি। মখোয় অনী ফমফম কাদা চঙলক্কে।

“ থবক খজিক্তং হাঙবগা ঐ নখোয়গীদা উনবা লাক্কে খল্লম্বনি। করি লৈরবগে? ” প্রিয়ানা হংলকখি।

শকুন্তলানা খুম্মী, “ ঐসু মেদামগী খুদোংচাবা মতমদু ঙাইজখিবনি। অদুবু ঙসিদি ঙাইঙমদবা অমা ফাওরক্লে। ঐগীদি মেদাম নত্তনা হায়জ- চৎচনবা কনাসু লৈজদে।

শকুন্তলাগী অহোংবা শকফমদা প্রিয়ানা য়েংঙি, চিংনবা লৈবে।

“ শম্পৎনা হায়নসি। ”

“ মেদাম ঐগী ইচা নুপীদু চান্দেল জিলাগী ম্যানমাবগা তাইনবা ঙমখৈগী লমদা লৈবগী থজবা পাউ ফংলে। মখোয়গী পার্টিগী মচীন চৎপা নুপা অমনা মহাক্কীদমক য়াইফ- ব্রাখল য়াম্না খনবীরি, মীরোৎ ওইবদগী মপান্দা পুথোকপীদুনা ময়ূম মকৈ পানবা য়ানবা লম্বী য়াৎপীগনি হাযবা পাউসু তাজবে। পাউগী লীখুনসি মেদাম্নদি থিদোকপীবা ঙমগনি, অদুগী মথক্তা, কবিগুম্বা ঐগী ইচাদুনা লালহৌনূপ থাদোক্কুনা লাকপদা মহাক্কী মথক্তা লৈরম্বা মরালশিং অদুগীদমক ফংগদবা দণ্ডি করম্না কোকপা যাগনি হায়বসু মেদাম্নদি খঙবীগনি। মহাকপু দণ্ডি পীদনা সধারণ পুন্সিদা হল্লকপা য়ানবা মেদাম্না হোৎনবীরি হায়বা পাউ খঙহনখিবা ঙল্লবদি মহাক পার্টি

থাদোক্লম্বসু য়াই, ইমা ইচা উনবগী আশা চাউনা লৈরবনি। মসিগী মতাংদা ঐ মেদামগী থৌজান নিবা লাকচরিবনি।"

" করিনো শকুন্তলা, নিজবা খোৎচবা। নহাক নচাগী ৱাখলনা ঙাওরে।"

" মেদাম...।"

" নহাক্না ঐঙোন্দা ৱাফমসি মতম চানা নীংশিংলবা ফৈ। লমদম অদুগী পাউনি ঐনা কন্না লৌরিবসি, অচৌবা ফোর্স অমনা মফম অদুদা ওপরেসন চৎথগদৌরি। মদুগী মমাঙদা মাবু পুথোরকপা ঙমহৌরবদি ফরবদি।"

" পুন্নমক্তু মেদামগী থৌজান্নি।"

" ঙাইখো শকুন্তলা, ঐ নঙোন্দগী খঙনীংবা ৱাফম অমা লৈ।" প্রিয়া তপ্না হায়, " হংফমদি থোক্তব্রা খল্লি ঐগীসি।"

" তাকপীয়ু।"

" নচানুপী বালা অঙাংনি, লৈশাবীনি। নুংশি- নুংওনগী ঈপাক্তা তাউদুনা শান্নবনা পুন্সি শিন্থা কাউথোকপা চহী মতাংনি। মহৌশাগী লোনচত্তগী মহাক্না পাক হেক থৈদোকপা হায়বসি লুগনি। অসিগুম্বা ৱাফমগা নহাক্না পীরিবা পাউসিগা মরী লৈনব্রা? নত্ত্রগা, ৱাফম অমনা, ইনখৎলকপা মতমদা মহাক কনাগুম্বা অমগী মঙলান্দা লূপখিবা লৈব্রা? নুংশি পরৈ অদুনা চেৎখিবনা মহাক্কী খোঙফম হোংলক্লবগী মরম ওইরিব্রা? অখঙবশিংদু অমুক্তং হায়বীয়ু।"

শকুন্তলা ঙাইহাক মুন্না খল্লগা হায়রকই, " হৌজিক্তি মহাক করি খল্লমগনি হায়বা ঐ খঙদে। অদুবু, য়াম্না নৌরিঙৈ মতমদা কনাগুম্বা অমবু নুংশিবগী মওং উখি। মতম অদুদা মহাক শেংনা হায়রবদা ৱাখল মপূং ফাদ্রিবনি। অদুগী মথক্তা, নুপা অদুগা চহী খেন্নবা য়াম্না লৈবনা ঐ য়ানীংখিদে, য়ৈথংৎনীংখি। ঙাং- শক্তুনা নত্ত্রগা হং-খোত্তুনা থিংনবা হোৎনরুরগা অঙাংদু ইকাইবা নংখিবা য়াই খন্দুনা ঐ অতোপ্পা উপাষ য়েংলম্মী।"

" নুপাদু কনানো? করি উপায়না নচাগী পুক্লীং ফাথখি? "

" মানা খোয়দাজখিবা নুপাদু কনাসু নত্তে, ওজা শাস্তনুনি। তৌহৈগদবা মান্দবা ঐগী থবক অদুগীদমক তুংদা য়াম্না নীংঙম্লক্নে। ঐনা ওজা শাস্তনুদা থম্বা ইকাই খুম্নবা অমসুং শ্রদ্ধা নমহৎলগা ইচানুপীগী মীৎতা ঐখোয় অনী নকশিন্নবগী মতৌ খরা উহনখি। নৌরিবী ইচাগী থম্মোয়নুংদা ফোঙঙমদবা অৱাবা অমা শোয়দনা পুরমগনি। মদু উশিন্নখিদে। মরমদি, মাবু মহৈ- মশিং য়াম্না তমহন্দুনা মীকোক থোংহন্নবা হোৎনগে হায়বা ঐগী আশা মচা ওইখিদে। মহাক্কী নুংশি ঈচেন্দু হৌজিক ফাওবা থিংবা ঙমদনা লৈরন্নবদি, মা নীংবা থুংজরসনু হায়না খল্লক্নে।

তাঙলবা মীনোক অমা প্রিয়াগী মায়থোংদা শীনখি, টেবলদগী ফাইল পায়খৎলগা হায়রম্মী।, " ফরে শকুন্তলা, ঐ অরুবা থবক অমা লৈরে। ঙসিগীদি হনবীখ্রো, কোন্না অমুক উনরসি। নহাক্কী সমস্যা খুদিংমক ইশামক্কীনি খল্লিবনি, মসি কাউবীগনু। ঐ বালাগী খোঙ্গুল লীবা তোক্তে, শান্তনুবু থিবা ঐগী থবক্নি। ঐনা দিল্লীদা লৈরিঙৈদা ম্যানমাব এমবেসী ওফিসকী মতেং লৌদুনা শাস্তনুবু য়াম্না কন্না মখোয়গী দেশ মনুংদা থিহনখি। ভাবত সরকারগী গৃহ মন্ত্রালয়না পায়খৎপা কেশ অমগী মতুং ইন্না শাস্তনুগী মথক্তা থন্নম্বা ' ব্লান্টেদ ' ককথৎখ্রে, মহাক মরাল লৈতবা মীনি হায়বা খঙখ্রে। পুন্নমকসিগী মথক্তা ভারত সরকারনা ইন্টরপোলদা, করিগুম্বা শান্তনু হিংদুনা লৈরবদি মহাকপু পুক্লীং থৌগৎপীনবসু চে ইখ্রবনি, ফল করি তারকপগে হায়বদু ঐখোয় মতম খরা য়েংখিসি। "

" নুংঙাইজরে, মেদাম। "

প্রিয়ানা শকুন্তলাবু থিন্দোক্লুরে। মহাক হঞ্জিল্লক্নুনা চৌকীদা অমুক ফল্লম্মী। মহাক মকোক ইঙাও ঙাওই, তৌগদবা থবক কাউবগুম তৌই। মহাক্লা পাঙথোক্কে খল্লিবা খোঙচৎকী থৌরম পরেং অসুম চাউথোরকপতা নত্তনা মতম য়ৈশিন্নবা লম্বী অমসু থিবদা তারক্লি।

প্রিয়ানা পায়খৎখিবা ফাইলগী মনুংদা য়াম্না মরু ওইবা চিঠি অমসুং ব্লারোল কয়া য়াওরি। গৃহ মন্ত্রালয়না মরিপুরগী দি. জি. পি. দা ইরকপা

চিঠি য়াওরি। দি. জি. পি.না মঙোন্দা পীথরকপা ওরদর হাপ্লি। মণিপুরগী চান্দেল জিলাগী মনুং চনবা খেংজোই রোক্কী ম্যানমারগা তাইনবা ঙমখৈ লমদমদা আর্মী অমসুং পেরা মিলিটরীগী অচৌবা ফোর্স অমনা য়ু. জি. কেম্পশিং তকখায়বগী ওপরেসন অমা চৎথগদৌরি। মদুগী শন্দোকপা ৱারোল ইবা চে মখূৎ য়ৌরক্লবনি, অদুগা মহাক মশামক হকথেংননা য়েংশিনবা য়াওরুননবা হায়রকখ্রবনি। ওপরেসন চৎথদ্রিঙৈগী মাঙওইননা, অথুবা মতমগী মনুংদা, ঙমখৈ লমদম অদুদা স্পোর্ট ইনকারী অমা পাঙথোক্লবগী থবকসু দি. জি. পি. না মঙোন্দা শিন্নরি। প্রিয়াগী খূৎনা পায়রিবা ফাইল ফোং-ফোং শাগৎলকখি।

প্রিয়া ফাইলগী ফ্লেক থেৎপা লমাইশিং হাংদোক্লুনা পাবা হৌই। ইহান হানবদা মহাক্না পারিবসি শান্তনুনা গুৱাহাটীদা লৈরিঙৈ মতমদা মঙোন্দা শকুন্তলা অমসুং বালানা ইখিবা চিঠিশিংদুনি। অনীমক গুৱাহাটীদা পোষ্টিং তাবা এস. পি. অমনা প্রিয়াদা জেরোক্স কোপী ওইনা থারকখিবনি। কনানা কনাবু নুংশিরিবনো খঙনবা মহাক মমাঙদা কয়ারক হন্না পাখ্রে। ঙসিসু অমুক পারম্মী।

প্রিয়া অহুমশুবা ফ্লেক থেৎপা চেনা হাংদোকই। মদু য়াম্না শাংবা কেশকী রিপোর্ট কোপীনি। দিলিপ কৌবা নুপা অমগা ইন্দু কৌবা অমগা, অনীগী কেশনি। অন্দরগ্রাউণ্ডনি হায়না চিংনদুনা ফারুবা নুপা অনী অদুনা আর্মী কেপ্তেন অমা হাৎলগা চেনখিবদগী মখোয় অনীগী মথক্তা লাউথোকখিবা ' ৱান্টেদ ' ওর্দর তাবগী শাংলবা ৱারী ইরি।

মরিশুবা ফ্লেগ থেৎপা চে অসিসু মথক্কী ওর্দরগা মরী লৈনবা চেনি। ওর্দর ককপা ওর্দরনি। আর্মী কেম্প অদুদা, শান্তনুখোয়না কেপ্তেন হাৎপা মতম অদুদা সন্ত্রী তাখিবা, ইন্দুনা মখূৎতগী নোংমৈ মুল্লগা খোঙপাক্না অঙম্বদগী টেন্টলোমদা কাউথরম্বা, নুপা অদুনা কোর্ত্তা পীবা জাবান ময়ামদগী ওর্দর অদু তারকখিবনি, দিলিপ অমসুং ইন্দু মরাল লৈতে. হায়খিবনি।

মথংদা প্রিয়ানা পায়খৎখিবা চে অদুনা য়াঙ্গুন্দা লৈবা ভারতকী দুতাবাস অমনা গৃহ মন্ত্রালয়দা থারকপা চিঠিনি। মরোলদি দিলিপ কৌবা

ভারত মচা অমবু ম্যানমার সিফাইশিংনা নিয়ম কায়না ঙমখৈ লানশিন্দুনা চৎলম্বগীদমক মন্দলে জেন্দা থমখিবা, অদুগা মহাকপু চহী অহুমগী মতুংদা থাদোরকখিবা থৌদোক্কী শাংলবা রিপোর্টনি।

অরোইবদা মহাক্না য়াম্না পুক্নীং চঙনা য়েংলিবসিনা ম্যানমারগী হোম এফিয়রর্স পুবা ব্রিগেদিয়র অমনা য়ু. এন. ঐচ. সি. অমসুং য়ুনিসেফতা মখোয়গী চার্টরনা কোনশিল্লিবা মীওইবগী হক, মরু ওইনা তোল্ল-তারবা অঙাংশিংগীদমক পুন্সি ঙাকপী শেনবীবা, লাইরিক তমহনবা অমসুং হকচাং ফহনবগা মরী লৈনবা থবক থৌরমশিংগী মতাংদা থাখিবা চিঠিগী পাউখুম কোপীনি। মদুদা ম্যানমার অমসুং ভারতকা তাইনবা লমদমগী খুঙ্গংশিংগী অঙাংশিং অমসুং শোৎথরিবা খুঞ্জাশিংগীদমক কনাগুম্বা দলাব কৌবা মীওই অমনা লৌরিবা থৌদাংবু ময়েক শেংনা পনবগা লোয়ননা, মহাক্কী থবক্তা লৈবাক অনীমক্না পুক্নীং থৌগৎপীনবসু চিঠি অদুনা হায়রি। চিঠিগী কোপী এ.দি.সি. মোরেগী খূৎথাংদা মণিপুর অমসুং ভারত সরকার য়ৌহনবীনবা সাইগাং ওথোরিটিনা ইরকপনি।

হৌজিক প্রিয়াগী লন্নাই রিসার্চ অমসুং ইনবেস্তিগেসন লোইখ্রে। শান্তনু, দিলিপ, লাসো অমসুং দলাব মীশক অমত্তনি। আই. আই. টিগী প্রোফেসর শান্তনু, কেপ্তেন হাৎপা দিলিপ, জেলদা লৈরম্বা দিলিপ, বোর্দর লমদা লাম্বোইবা ওজা কৌনরিবা দলাব, তজিগী মনাও লাসো, করম্বা লাইবক্না শাইওন অসুক য়ামহল্লিবনো খল্লুবদা প্রিয়াগী মীৎলুদগী মীনুংশিগী ঈফুৎ অমা চেন্থরক্লি।

প্রিয়া চেগী ওইবা নত্তবা, মশামক্কী মীৎনা উবা সাক্ষী অমা য়াম্না থুনা পুথোকপা পাল্লে। মরম অদুনা মহাক তাঞ্জা মাঙহনবা চুমদে খন্না, দি. জি. পি.গী ওর্দরসু ঙাকপা ওইনা, হন্দক বোর্দর পিল্লর য়েংশিনবা অমসুং লোন্নবা ঙমখৈদা শম্বল খাবগী থবক পায়খৎপগী থৌরাংগা মরী লৈননা লাক্কদবা দিল্লীগী অচৌবা ফম্নাইবা খরগা লোয়নদুনা চৎপা য়াথোকখ্রবনি। খোঙচৎতি হেলিকোপ্তরদনি, মোলচামগী আর্মী কেম্প হেলিপেদতা তারুগদবনি।

প্রিয়া মহাক্কী ফাইলশিং লোইশিল্লি। খোঙচৎ অমগীদমক থম্মোয় মথুম মরাঙ হৌই। অদুগা, শকুন্তলাগী মচা নুপী বালানা শান্তনুবু উনবা ফংবদা কয়ামুক য়াম্না হরাউজগনি হায়বদু নীংশিংলকপদা মহাক মশা পূন্না থক থক নিক্লকখি।

# ৩৯

বালা অমসুং ইন্দু মফম লেঙদনা সর্জন্ট হল্লকপা ঙাইরকপসি কুইরে, পূং অনী হেল্লক্লে। নোংমৈ কাপখিবা খোঞ্জেল অদুনা মখোয় অনীগী চিংনবা য়াম্না হেনগৎহনখ্রে। শান্তনু চৎসি হায়বা হেক্তা য়ারল্লোই। সর্জন্টসু নম্ফু কনবা মীনি, অঙম তাল্লমগনি। নিঙাই- শংদানরকপদগী সর্জন্ট নোংমৈ কাপখিব্রা হায়বসিনি মখোয় অনীনা ৱারিবা। খন্নরিবা ৱাফম অমনা, কাপখিবা নোংমৈ মখোল অদু কারবাইনগী মান্দে হায়বসিনি। কনাগুম্বনা, নত্ত্রগা য়েক্নবা থেংনবদগী, মঙোন্দা কাপখিব্রা? শান্তনু মশাগী ঙাক-শেন্নবা নোংমৈ থম্ব্রা? মখোয় অনী তরেৎ- তরা থোক্লা খন্নরম্মী। মথৎ পূং অমগা ঙাইদুনা য়েংখিসি হায়বদি য়ানরে। সর্জন্টপু থিরুনবা শান্তনুগী য়ূম্লোমদা অমুক চৎলুবদা খুদক্কী ওইনদি ফগদবা মান্দে, চেকশিনবা ফৈ। মখোয় অনী অচৌবা নূং অমগী মরুমদগী ঙাইঙমদনা সর্জন্ট হল্লকপা মরক মরক্তা হৌগত্তুনসু য়েংলম্মী। বালাগী মীৎয়েং অতোঙবা মথক্লোমদা থম্মী অদুগা ইন্দুগীনা মখারোমদা।

বালা লোন্না হায়রকই, " সার, মথক্লোমদা য়েংবীয়ু, মখোয় তরুক্লি চৎলিবসি। "

" কনা...! " ইন্দু বালানা তাকপা মায়কৈদা য়েংলম্মী। অফবা খূৎলাই পায়বা, কম্বেৎ দ্রেস শেৎপা সিফাই তরুক মথক্লোমদগী পরেংশানা কূমথরক্লি।

" মৈতৈ নত্তে, ম্যানমারীজ মান্দে। " বালা লোন্না হায়, "অদুগা, আই. এফসু ওইরোই। "

" লমদমসিদা অনৌবা গ্রুপ অমা লৈরে হায়নবদু ওইরিব্রা? " ইন্দু থাজবগী মরম পীরকই, " স্কাই লাইন থৈদোক্তুনা চৎলিবসি ট্রেনীং ফংবগী খুদম্নি। "

" নুপা তরুক্তু ইন্দুখোয়দগী ইরাপ লাপ্তুনা অচৌবা উযূং পাম্বী অমগী উরুমদা পূল্লপ ফমখ্রে। ইন্দু অমসুং বালা উপ্রাক্না লৈরি, য়াম্না চেকশিন্না মখোয়বু য়েংলম্মী। "

" মখোয়না ঙাঙনরিবসি লুসাই লোন্দনি, মুন্না তাও। " ইন্দুনা বালাগী নাকোংদা লোন্না হায়খি।

নুপা তরুক মিনিট তরারোমগী তুংদা অমুক চৎখ্রে। মখোয় তুরেল তম্না লাকখিবা মাল্লি। নত্রবদি শান্তনুগী য়ূম তম্না চৎলিবনি। মখোয় লাপথোকখ্রে, উখিদ্রে।

বালানা হংঙি, " সার, মখোয়না ঙাঙনবদু খঙবীব্রা? "

" মখোয়গী মীনা শিরগা লৈরম্ফম অমসুং নোংমৈ মাঙফম য়ৌগদৌরে হায়। নোংমৈ হূরানবশিং মখোয়গী য়েক্লবনি, হেক থেংনবগা ব্রা ঙাঙনবগী মতম পীদনা কাপকদবনি। তাখ্রিবা মখোল অসিনা মখোয় শ্বাইদা নৈদুনা লৈরি হায়বদু তাক্লবনি, মখোয়বু ফংনবা থিসি হায়নখিবনি। মরকসিদা সর্জেন্টকা মখোয়গা থেংনরবদি ফররোই, ঐখোয়গসু অদু মঙাই। " ইন্দু য়াম্না লূম্না হায়, " ঐখোয় খুৎলাই শিজিন্নদনা, কনানসু উদনবা চৎকদবনি। পার্টিদা পুক্নি অমগীদমক মমল থীনবা পোৎ ঐখোয়না লোয়নরি, মীখূৎতা তাহনখিবা য়ারোই। "

বালা ঘড়ী য়েংলগা হংলকখি, " হৌজিক ঐখোয় সর্জেন্টপু অসুম ঙাইখিগদ্রা? "

" কান্নগদবা মান্দ্রে, মহাক্না শান্তনু পুদুনা লম্বী অমদা ঐখোয়বু থিরল্লবদি ফরক য়াম্না তাগদৌরি। অদুগা, ব্রাফম অমনা, চৎখ্রিবা মীশিং অদুনা মখোয়বু থেংনরবদি শান্তনুবুসু খাক্লরোই। "

" অদুদি ঐখোয় কদোমদা চৎকনি? "

" মখারোমদা, অসুম কোইরগা, তুরেল্লোমদগী চৎল্লসি। লোয়ননা, হৌজিক, ইয়াম্বদু ময়ূমদা লৈ নত্তুগা লৈতে হায়বা খঙদোক্তুবদি ঐখোয় করম্না পোৎথাগদৌরি? করিগুম্বা ময়ূমদা লৈরম্লবসু খুদকসিদদি মখা বারীদি শান্নদবা ফরে। মুন্না খলহৌদ্রবদি ঐখোয় নুপা তরুক্কুগী টার্গেৎ ওইখিবা য়াই।

বালা মুন্না য়েংলক্মী, য়ানীংবা উত্তুনা তপ্না হৌগৎলকই।

মখোয় অনী খোঙকাপ মঙা ফানা থাংদ্রিঙৈদা কিৎ অমুক ফমথরক্মী। নোংমৈ মরু তরাগী তুংইনবদা কাপ্নরকখিবা খোঙ্গেলনা উমং অদু মচেৎ মচেৎ শেগায়খ্রবগুম তৌই। অতিয়াদা উচেকশিংনা মায়কৈ খঙদনা পাইনরি। প্রোক -প্রোক, দংদং, বূম, উইস উইস, দ্রং- দ্রুং, চীং পূম্বা থুগাইরে। মিনিট কুনলোম কাপ্নখিবা লাল নেমথখ্রে। মখোয় চংফম খঙদনা লৈরি। ইকুই কুইদনা, ঙাইহাক্কী মাঙদা কূমথখিবা সিফাই তরুক লাকখিবা লম্বীমক্তা হন্দুনা চৎখিবা উরে। মখোয়দুগা কাঙলূপ অমগা থেংনরুরে হায়বা ময়েক শেংলবনি।

ইন্দুনা হায়, " হৌজিক ঐখোয় চৎলসি, লম্বীদি খরা কোইবা তারে। "

পূং অমগী তুংদা অশুকপা উমংলোমদগী বালাগা ইন্দুগা শান্তনুগী শম্বল য়ৌশিল্লকখি। য়ূমগী অবাংলোমদা, ইখোল মনুংদা হৌবা হৈনৌ পাম্বী অমগী উরুমদা সিফাই ওফিসর অনীগা শান্তনুগা ফম্মিন্নবা উই। মখোয় চা থকমিন্নরি। সিফাইশিং অদু ম্যানমারগীনি, য়ূনিফোর্ম অমসুং শকফমদগী খঙবনি। স্কুল অমসুং য়ূমগী অকোয়বদা সিফাই ময়াম অমসু চাইখাইদুনা লেপ্লি। ফিভম অসিদগী শান্তনু অশোয় অঙাম য়াওদ্রে, সর্জন্টসু মফম অদুবাইদা লৈফম থোক্ত্রে হায়বসি মখোয় অনী য়ানরে। লৈরিবা সিফাই কাঙলূপসিগা চেনখিবা তরুক্কুগা থেংনখ্রে হায়বসু ভাবনা শাবা ঙম্লবনি। করিগুম্বা সর্জন্টনা তৌরম্বা থবক্তু শান্তনুনা হৌজিক ম্যানমার সিফাইশিং অদুদা তন্নম্লবদি মতম খরদি মখোয় লুমদুনা লৈখিগদৌরি। মখোয় চঙলুবা য়াখিরোই, অদুদি সর্জন্টকীদমক নুংশা থীরিবসি করিনা কোকহনগনি। মহাক্না কেম্পতা

থুংলবদু উরবতদা মখোয় অনীগী অৱাবা লৈররোই। সিফাইশিংগা শাক্তনুগা হৌগত্তুনা মরূপ- মপাং ওইবগী মওংদা মূলগী অকোয়বদা চৎপা উবদা বালা য়াম্না নীংবা কায়না ইন্দুদা য়েংলম্মী।

" হল্লসি সার। " বালানা হায়।

ইন্দু বালাগী ৱাখল উই, থেমজিল্লি, " ঐখোয়গী পাঙ্গল থোক্তবা মতাং ওইরে। নহাক ৱারৌবা য়াদে। "

মায়থোং ইমক মক্লবী বালা মাঙলোমদা চৎপা হৌরম্মী।

নুমিদাংৱাইরম য়ৌরকপগা অশুকপা উমংদু মন্বা হৌরক্লে। উরী, ৱারী অমসুং থাংদুপ তিংখং মরক্তা লেপ্তুনা লাকখিবা ইন্দু অমসুং বালা য়াম্না চোকথরে। লেকফম, পনফম য়েংবা হৌরকখি। পূং তরেৎকী মমাঙদা খরা চাখিবদু পুক থনখিবসু নত্তে। চেং কেজি অমরোমদি বালাগী খাউদা য়াওরি, অতৈ চানবা লোইখ্রবনি। খুল অমত্তং উরবদি হায়না বালা তোয়না শোল্লম্মী।

মখোয় মণিপুরগী লমদা চঙলকখ্রে। অঙম্বা চীং লম্বীদা, ঈশং কারবা লোক্লুংগী নূংলক্তা, করিগুম্বদনা শোঙলবা ইরক্তা হাইদোক হাইদোক্তুনা চৎলম্মী। অনীরক শুরে, বালানা অঙম্বা লৈরাইদা নাম্থুবদা ইন্দুনা মখূৎ পায়দুনা চিংখৎপিবা।

লী অমসুং মৌবীনা কৃক কৃক ইন্ননা হৌরবা চীংচেপ অমদা শারম ইল্লগা, লিৎ- লিত্তুনা মখোয় খরা কোকপা চীংদোঙ অমা য়ৌরকপদা হৌখিবা চহীগী লৌমন চীংমায় অমা উরে। মদুদা শঙ অনীদি তেক্তনা লৈরি। লাং- ইনা য়োমশিনখিবদা য়াঙখক্তা উরবনি। লৌশঙশিংবু মৈ থাদোকপা নত্ত্রগা শীদোকপসি চীংমীশিংনা তৌনদে মদুগী মরম ঙসিদি খঙলে। মখোয় অনী মফমদুদা অহীং য়ারেকখ্রসি খন্নরে। শঙ য়ৌশিন্নবা অরুবা লোক অমা লাম্থোকপা তারি। লম্বী লৈতবা নারক্তা কূমথরম্মী। লোকখা য়ৌশিনবা ইঙম- ঙমদে, হেন্না হেন্না ঙম্মী, লুথখিবগুম তৌই। মমখিবনা হানবা তারে, বালা মশানা মাঙ থারগা, খরা থুগদ্রা খল্লে। মহাক লী তিংখং হাইদোকপা হোৎনরম্মী। মপাদু লীনা য়োমখ্রে। মদু উবদা লিৎথোকহনগে

খন্দুনা তিংখংনা য়োল্লবা অচৌবা লী অমা ইন্দু কন্না চিংথোক্লম্মী। উচিন- নাচিন কোক্তগী খ্বাং ফাওবদি বালা লিৎথোকপা ঙম্লে। শাথীবা লাংনি। ওন্থোকপনি! খোঙফম শোয়বদগী ইন্দু নাম্বুরে, মখুৎতগী লী নাম্থোকখ্রবনি। অহৌবা খোঞ্জেন্দা বালা লাউরকখি, “ অয়ো ইমা! শিরে! ”

“ ও! সোরি। ” ইন্দুসু লাউরম্মী।

“ ইস! অয়ো-য়ো! করিনো সার ...? ” বালা চৈনা খাঙবদা অমুকসু চিখত্তুনা লাউরকখি।

“ সোরি। সোরি সোরি। ”

বালা লিৎথোক্লে। ইন্দু অহাংবা মফম য়েংদুনা চঙশিল্লি নুপীদু অনাবা খাঙদুনা অঙম্বা লৈরাইদা ঙারগা লেপ্লম্মী, শাউনীংবা হন্দ্রি। মহাক্কী মমায়- মমিৎ পূমঙাং ঙাংঙি। মখূৎনা অনাবা মপাদা নাল্লুবদা ঈ তৈরে। মহাক মমায় হেন্না ঙাংঙি, মখূৎ লোৎলম্মী।

ইন্দু ইকাই- নুংশি য়ান্নে, থৌলৈতনা তেঙবাংলুবা তাখি।

“ সারদসু শোকপ্রা? ” বালানা হংলকখি ।

“ শোক্তে। ঐগী চেকশিন্দবনা নহাকপু নাহল্লে। বালা, মসি লাইজৌগনবা তিংখং মখল অমনি। অদুগা য়ৃখিবা তিংখংসু মরি- মঙা শুরমগদবা মাল্লি। ”

বালা খুমদে।

খাউদগী হীদাক লৌথোক্লগা ইন্দুনা হায়, “ মহূ হাত্তোকহৌসি। চিকপা, নাবসু খরা ফনবা। ”

বালা অনাবদু কুইনা খাঙনীংদে, লায়জৌবসু পামদে। অদুবু শোক্লিবা মফম অদুগীদমক খন্দবসু ঙমদে করম্না হাংদোক্কনি। মহাক্কী ব্বাখন্দু নমহত্তুনা ইন্দু খাউদগী হীদাক অনী লৌথোক্লগা য়েংলকই। মহাক্কী লীচৎকা নক্লদবা অনম কনবগী মতৌ অমা বালানা উই।

“ সে, হাপ্লবা তৌসি। ”

বালা ইন্দুগী থবক্তু পুক্লীং চঙদে, “ সার, অদুম ফজখ্রনিদা। ”

“ য়ারোই বালা, চৎকদবা লম্বী শাংঙি, মদুনা নহাকপু য়াম্না

য়াহনগদৌরি। ” হন্দকসু ইন্দুগীসি য়াখল অমনা ইনশিল্লকপা মাল্লি।

বালা থৌনা লাকখ্রে। খরা লৈথোক্লগা বেল্ট লৌথোকই। ফিরোল অহুম তুংগী শরুক্তু শিংথরগা তিংখং মখুল য়েংলম্মী।

“ সিদি য়াররোই, সারনা খরা...। ” বালা শেংনা ইন্দুগী মতেং নিরম্মী, বেটাদিন লূপ্লবা লশিংনা বালাগী য়েংথংবা নীংজোন, অমুবা চাগী অকোয়বদা য়ূখিবা তিংখং মখুল মরিদু ইন্দুনা ফজনা নপথোক্লগা অকংবা লশিংনা তৈথোক্তুনা সিলবরেক্স পাউদর হাপ্লম্মী। মিনিট অহুমগী থবক্লি বালা স্বর শাংন হোল্লি, ইকাইবা খাঙঙি। থবক অদু পাঙথোকপা লোইবদা ইন্দুগী মায়থোংদি ইঙান ঙাম্থোক্লা উরম্মী।

পাঙ্গল খজিক্তং হল্লবী বালাবু লোক লাম্থোক্লবা হোংনবদা ইন্দুনা মতেং য়াম্না পাংখি, করিগুম্বদা মহাক মশাগী অরূম্বা শরুক অনী হেনগত্তবা য়াদবা মতাং লাকখি।

ইন্দুনা মাঙ থাদুনা অঙম্বা চীংমায়দা কাখৎলক্লে। মহাক্লা বালাগী মখূৎ পায়দুনা চিংখৎপদু অয়াবা খঙদে। অশোঙবা নারক্তা কৌজেং হারৌ তানখাইদুনা কাখৎলকপা লানঙম অনী অতিয়াদা থয়াম্মিচাক উবা মতমদা শঙ য়ৌরম্মী।

য়াঙ ফাওবদা ফুট তরেৎমুক্তং য়াংবা, কা খায়দবা শঙ অদুগী মনুংদা থা কয়া ইমুং অমা লেনখিবগী খুদমদি লৈ। য়াচেৎকী থোঙবু মপান্দগী পুল্লম্বা পায়া তৎলল্লে, কেমখ্রবনি। ইন্দু খাউদগী তোর্চ অমসুং মৈখেৎ লৌথোকই। বালাবু মপান্দা লেপহল্লগা মহাক ইমুংদা চঙখি। য়াচেৎ ফক্লাং অহোবদা মপাল্লোমদগী ফাওজিল্লকপা নাপীনা ইমুংদু ইশং শংনা উরে। ইমুংগী লৈমায়মক্তদি করিসু হৌদবনি। মনীং কাচিন্দা শেম্বা লৈরঙ ঈশং কারবসু ফিভমদি কায়দ্রি। নক্লা তারিবা শীং লৈশৌনা চাথোকখিবা য়াওরে। মথক্তা শাবা শগাই- লপ্তসু মৈখুনা মচু ওলহনখ্রবা শীংগা লোয়ননা মৈরুবোক উতোং মরি লৈ। অঙম্বা চীংমায়গা শম্নুনা শাবা লীয়াগী তূম্ফম ফোপ অদু লৈশৌ খরদি হাইগৎখ্রে। নেত্তুনা য়েংবদা মপাঙ্গন্দি লৈরি। ফোপকী কাঙখদা মতোন থোক্লবা পান্দুম খরসু লৈ। ফক্লাংদদি লোম্বা,

খুজুলৈখাম অমসুং নাওশেকনম য়াম্না থেৎলি। ময়ামদু মুন্না য়েংলবা তুংদা ইন্দুনা বালাবু মনুংদা কৌশিল্লম্মী। শঙনুংদা মহাক্না হান্না য়েংথোকখিবগী মরমদি, মমাঙদা মহাক অসিগুম্বা মফমদা লিন লৈরম্বা কয়ারক থেংনখ্রবনি।

ইন্দু অহানবদা শঙগী অকোয়বদু, ব্রাচেৎঅমা পায়দুনা নাপীশিং হাইতত্তুনা শেংদোকখি। বালানা মনুংগী নাপীশিং ফোয়দৎপগা লোয়নননা মৈ হৌগৎলে। মহাক ইগী শুমজিৎনা ফোপ অমসুং লৈমায় শেংনা শিক্তোক্লম্মী। অকংবা ই, খর। ইন্দুনা ইমুংদা পুশিল্লকই। মরম খঙখ্রবী বালানা মদু লৈরঙদা খূবাম অমা চাকহল্লম্মী।

ইন্দু চঙলক্লুনা হায়রৈ, " মফম য়াম্না চারে। থোঙ লোনশিল্লবদি মপান্দগী, হায়বদি মায়কৈ খুদিংদগী য়েংলকপদা মৈঙাল উররোই। হৌজিক ঐখোয় অহানবদা অরাম্বা কোক্লবা হোৎনরসি। ঐ ঈশিং শোক্লুগে। "

" ঐসু য়াওজগে, সার। "

বালাগী খূৎতগী মৈরুবোব উতোং অনী মুল্লগা ইন্দুনা হায়, " নঙ লাক্কনু, ব্রাগনি অমম্বসিদা। অদুগা মখোয়গী ঈশিংখোংসি খবসু লাপ্পা লৈগল্লি। নঙ মৈ থাগৎলম্মু। "

থাক থাক ফজনা হকপা লম্বী অমা ইন্দুনা নাপী হাইদোক্লুনা থিরম্মী। মহাক চৈ অমা পায়বগা কূমথরক্লে।

ইন্দু ঈশিংখোং য়ৌরে। উনা- ব্রানা খরা তারবসু ঈমায় চোনবা ঈশিংদু, মমজরবসু, মহাক ফজনা উই। উতোং মরিগী ঈশিং পুদুনা য়াম্না থুনা কাখৎলম্মী।

শঙ য়ৌরকপদা ইন্দু হুমাংনা লূপখি। বালানা মৈ থাগৎলম্লে।

" করি চাসিগে, সার? " বালানা হংঙি। "

" পোরোল্লা, শারেংলা অমা হেক থোংঙু। "

" লময়েনসি ওইনা তৌরসি। "

মখোয় অনীনা থব্রায় তানা নোকপসি মতম কয়াগী মতুংদা ওইরমগনি?

" ঐ ঈশিংখোং অমুক য়ৌরুখিগে। "

" করিগীনো, সার ? "

" ঈরুজনীংলে। "

শঙগী য়েনখাদা য়াল্লম্বা অচৌবা তুম্বা অমসুং খাউদগী ফি খরা পায়রগা ইন্দু কৃমখি। মিনিট কুনলোমগী তুংদা কাখৎলকপা ইন্দু লুংগী অমসুং অশংবা টি শার্তনা অরাংবা ফুরিৎ-খোঙগ্রাউবু শিল্লকখি। ফিজেৎ অদুমকতা বালাসু লৈরম্লে।

" সার, উতোং অনীগী ঈশিং ঐনা শিজিন্নখ্রে। " বালা ইকায়না হায়।

" ফরবনি। তুম্বাগী ঈশিংসিনা অদুম কোন্নগনি। "

" অরুবা অমা লৈরে। " বালা মদু হায়নবা ঙাইরম্বা মাল্লি, " চাক্তি করিদা থোংগদৌরি? ঐখোয়গী কোন চফু য়াওদে। "

" অস! " ইন্দু মকোক পায়। " মৈদু শীং হাপচিল্লু, ঐ তৌগে। "

বালা ভাব তাবা ঙমদনা অদুম য়েংলম্মী। চাক থোংনবা কোন, চানবা প্লেট সর্জন্টকী বেগতা হাপখ্রবনি, নীংশিংলকপদা হেন্না নুংঙাইতে।

ইন্দু মহাক্কী তরেলদু লৈমায়দা শন্দোক্লম্মী। চেঙখাউদগী চেঙ কেজি তঙ্খায় অমা খরা হেন্না হৈদোক্লগা চেৎনা য়োমশিল্লি। মদু মপান্দা পুথোক্লগা ঈশিং হৈদুনা ফজনা চামথোক্লুরে। লৈরঙ ময়া নক্লা মচীন তুম্বা ব্রাচেৎনা লৈবাক ফুটখায় অমরোম লুনা তৌথোক্লগা চেঙ ময়োম ফুমলম্মী। মথক্তু লৈবাক্লা পারপ শীরে। লৈরঙগী শীং পূম্নমক মৈতানগা কোন্ননা লৌথোক্লগা চেঙ ফুম্ফম মথক্তা থারম্মী। অদুগা ইন্দু কাঙখদগী পান্দুম মরি লৌথোক্তুনা লৈরঙ মৈফমদা লৌরি। মহাক্কী থবকশিংদু মুন্না য়েংলিবী বালা মোমোন মোমোন নোকই।

মখোয় অনীগী চাক থোংবগী মতম কুইনা চঙখি। পূংখায় অমগী মতুংদা পান মুল্লবনি। অদুবু মতম পারগা ইন্দু চেঙয়োম লৌথোক্লম্মী। হাংদোক্তুনা য়েংবদা চাক ফজনা মুল্লম্লে। মখোয় অনী নোক্লম্মী।

অচম্বা চাক অমসুং পান্না অরাম খৌরাংবা কোকহন্দুনা, পুক থন্না চারবা তুংদা মখোয় তূম্নীংবা ফাওরক্লে। কাঙ চিক্তনবা হীদাক তৈবা হৌরে।

বালা ফোপ মথক্তা ফম্লম্মী। ইন্দু মপান থোকখিরম্মী। অসিগুম্বা মফমদা, নুপা- নুপী পূন্না লেকমিন্নবদা, নুপীশিংবু মনুংদা তুমহল্লগা, নুপাশিংনা মপান্দা লেনবগী চৎনবী লৈবনি। ঙসিসু ইন্দুনা মপান্দা সন্ত্রিগী থবক তৌগদৌরি হায়না বালা খল্লম্মী। মহাক করিগুম্বদসু নুপা অমত্তুংগা অহীং লেনমিন্নবা খোঙচৎ থেংনখিদ্রি। অসুম্না কনাগুম্বশিংনা লেনমিন্নদবা য়াদবা ফিভম লাকপদা করি থোক্লম্বা য়াই হায়বদু খন্দবা ঙল্লমদে। মহাক ইন্দুবু মনুংদা কৌশিনসিরা খল্লকপা অনী অহুম্লক শুরে। থৌনা ফুদোকপদি ঙমদে। অচম্বা অমসুং অতিংবা ৱাখল হায়বসিবু করিনো? মহাক্না ইন্দুদা নীংজোন উৎপা ঙমখ্রিবদু করম্বা অচম্বা ৱাখলনা ইন্‌শিনলকখ্রিবনো? অদুগা হৌজিক থৌনা হল্লিবনা করিগী। মহাক্না খোঙচৎ খুদিংমক্তা ইন্দুগা লোয়ননীংবা, মঙোন্দগী তেঙবাংসু লৌনীংখিবগী মরম অসুম হায়দোক্তনা লৈরগদ্রা? অসুম খল্লিঙৈদা ইন্দু চঙলকখি। মহাক শঙনুং ফক্লাং শীংখোঙ অকোয়বদা অচাকপা মৈহুম্না চিংলম্মী। অদুগী তুংদা ফক্লাংদা থেৎলম্বা খুজু লৈখাম মনা তরারোম মৈদা থারম্মী। মনুংদু নুংশিরবা মনম অমা ফুং ফাওরকই।

মপান্দা অকনবা নোংখেক-নোংলাউ মখোল বালানা তারে। মদুমক্লা ইন্দুবু মনুংদা তানশিল্লকখিবনি খল্লুবদা বালা নুংঙাইজদে।

ইন্দু অশাংবা স্বর অমা হোল্লগা হায়রকই, " বালা, নঙ অমুক্তং হৌগৎলু। ঐ হিপফম শেমগে। "

" য়াররনি সার, ঐ তৌজগে। "

" নঙ ঙসিদি ঐঙোন্দা তামো কৌ। "

ইন্দু বালাগী মখূৎ চেৎনা পায়রগা চিংখৎলম্মী অদুগা ওয় খূৎয়ায়দা খূদোপ অমা সিবীরম্মী।

" তামো! ঐ লাল্লে! ঐসি য়াম্না লানখ্রবনি। " বালা হিক্লা হিক্লা ইন্দুগী মথা নুংদা চঙলম্মী। লৈরঙদা চাক্লিবা মৈনা শঙনুংদু ইঙান- ঙাল্লি।

ইন্দুনা বালাবু মপান্দা পুথোক্লম্মী, মশামক্তি অমুক চঙলক্লে। খোঙগ্রাউ অনী, ফুরিৎ অনী ফোপ মথক্তা ফজনা শন্দোক্লুনা থারম্মী। খাউ অনীনা মোন শেম্বা লোইরে। শেল্লিবা হিপফমদু নাল্লুবদা মীৎলু

ঈহৌরকই। অপোকপা- অপোকপী নীংশিংলক্নি। মহাক মপান থোরক্নে। বালা অত্তিয়াদা য়েংদুনা ব্রাখন্না মুল্লবগুম লেপ্লি। মদুনা ইন্দুবু ব্রাহল্লি। মখোয় অনী শঙমাঙদা তারিবা অচৌবা থাঙফেং- নূং অমমমগী মথক্তা মায়োক্ননা ফম্লুরে। নুংশিংনা উজাউশিংগা শীংনদুনা ঈপোম নাইনা শিংলি। থারবা লৈচিল মপৈ- মপৈ হাইদোক্তুনা থব্রাম্নিচাকশিংনা মখোয় অনীদা মুন্না মুন্না য়েংথরক্লি। অথাপ্পগী চীংদোনশিং মখোয় তম্না অসুম চঙশিল্লক্লি, বর কন্যা মশক য়েংনীংঙি হায়বা মাল্লি।

বালা হিক হিক কপ্লকপদা ইন্দু হৌগত্তুনা চিংখৎলম্মী। থোৎ নৌরবী বালাগী পাম্বোম অনী ইন্দুগী ঙকশমদা লৈখ্রে। মদু কুন্দো পরেংগা করি খেন্নরি? মতম কুইনা ফুমদুনা থম্নরকপা পুক্লীংগী ব্রা ফোঙদোক্লখ্রে।

ইন্দুনা বালাবু ইমুংদা পুশিল্লম্মী। ও! করি থৌওংনো! কন্যাদি মনেম্বোক্লা পুশিনগদবনি। মখোয় অনীমক্কী থম্মোয়নুংদা নীংশিংবনা পুরক্লিবসি অব্রাবগী অব্রাবা ঙাক্তনি। বালা খোঞ্জেল থোক্লা মমা কৌদুনা কপ্লক্নে। ইন্দুনা মহাকপু হিপফমদা ফমহল্লম্মী, মহাক মশাদি মপান্দা অমুক থোকখিরম্মী। হন্দক্তি ইন্দু য়াম্না কুইনা হঞ্জিল্লক্ত্রে। বালা হিপফমদা চেপ্লা হিপথরগা ফক্লাংলোমদা ওনশিন্দুনা তাইনফম খঙদনা কপ্লি।

ইন্দু চঙলক্নে। মহাক হিপফমদা ফমথরকই। বালা লেঙলমদে।

" নঙগী অনাবসি খরা ফরব্রা? " ইন্দুনা বালাগী নীংজোন্দা নাল্লকখি।

বালা শ্বাই পাখৎলি, খুন্বসু ঙমদে। বালানা করিমত্তা ঙাঙদনা তুমিন লৈখিবদা ইন্দু ইকাইজে, মহাকপু খরা লাপ্তক হন্দোকহন্নীংবগী ইঙ্গিৎনি লৌখি। অদুবু মহাক ঙসিদি থৌনা হনবা য়াদবা নুমিৎনি, মশাগী ব্রাশক ঙাকপবু নুপা মচা কৌই হায়বসু কাউরমদে । অমরোমদা মহাক ইকাইবা নংলে হায়বা বালা খঙখ্রে।

" সর্জন্টতু করি থোক্লমগনি? " বালানা হংলকখি।

" মহাক চপ চাবা নুপানি। এক্সন্দা মামুক হৈ- শিংবা লৈবম্লোই হায়নরিবনি, অশোয় অঙাম য়াওদনা মহাক কেম্পতা থুংলগনি খল্লি।

ঐখোয় মহাক্কী মরমদা হেনমন্না ৱাবা তাগনি, খরসু কাউথোকসি। ”

“ মহাক করিগুম্বা খুদোংথীবা নংলন্নবদি মদুগী দায়িত্ব ঐনা পুগদবনি। ” বালা নুংঙাইতনা হায়রকখি।

“ মহাভারত্তা ৱাশক চেৎপা নিংথৌ মচা অমনা মপাগী নুপী থিনবা হোৎনবগী ৱারী তাখি। হন্দক মমাগী নুপা থিবা লৈশাবী অমা থেংনরে। ”

“ ঐসু নুপা অমা থেংনৈ, কনাগুম্বী লৈশাবী অমগী পুক্লীংগী ৱা খঙদনা অতোপ্পা নুপা অমদা থাজনবা মতীং ফুদোক্তুনা হোৎনখিবা। ”

“ মাবু থেংনরুবগী ফল করি ওইরক্কদৌরি হায়বদি খঙলব্রা? ” ঙাঙনা ঙাঙনা ইন্দু বালাগী লাইবক্কী শন্নাং হাইগৎলম্মী।

অহীং অদুদা চুরিবা নোংসি অঙকপা ওইখি। মরক্তুদা অখেক অরাউসু য়াওরি। লম উমাইবী অমসুং মকু শিংনা চীংনুং উমংগী মশক তাকপদা লেপ্তুনা খোংলি। মতম কয়া ফাজিন- পুনশিন্দুনা থম্নুরুবা নুংওন য়াৱাশিং থিংঙমদবা নুংশি ঈচেন্দগী তাউথোরকপা লোইবা লৈতে। পল্লোন কয়ানা থক্তুনা থম্নুবা অপাম্বগী ঈফুৎ কংবা লৈররোই। অথাপ্পদগী তাম্নাশিংনা অহীং মমৈ ওইরক্লে হায়বা তাক্লকপা মতম অদুদদি মখোয় সংসার পূম্নমক কাউথোক্তুনা তূন্নম্মী।

মীকপ থোরকপদা বালা ইন্দুগী মথা নুংদা লৈরম্বদা ইঙাও ঙাওই, পুক্লীংসু য়াম্না নুংশি। মৌ অনৌবীদি য়াহৌ ওন্নবনি। মহাক তপ্না হৌগৎলম্মী। য়ূমথক্তগী তপ- তপ- য়ূরকপা নোংগী ঈশিংনা নাকল অমা চোৎলে হায়বা খঙদনা নিংঙাইদনা তূন্নিবা ইন্দুগী মায়থোংদা চীংনা চীংনা য়েংলম্মী। খল্লকই — নূংজাউ, উরু- উরানা মোন্দুম মোম্পাক শাদুনা লাক্লবা হকচাংনি। নুংশিংকী শউমদা, লোক্লুং- উজাউশিংনা থারকপা তাম্থা চানা চেক্লাশিংগী নুংশিবা পালা ঈশৈলক্তা, থৱাম্নিচাকশিংনা সাক্ষী ওইদুনা মখোয় অনী লুহোংখ্রবনি। মহাক মপুরোইবগী মখোঙ লাইবক্লা শোকচরগা হিপফমদগী কূমথরক্লে।

অঙনবা অয়ূক্তা ঈশিং- খোং কূমদুনা চাইথরুবী বালা অরূম্বা তুম্বা পুদুনা কাখৎলক্লে।

ইন্দু মীকপ থোরকপদা অঝা- নুংঙাই অনীগী অকনবা ঈরৈদা উংলম্মী। মহাক মকোক ঙাওই। মফি মরোল হোংদোক্লিবী বালাদা হাইফেৎ য়েংলুরগা চাউথোকচবা পোক্লবসু নীংঙমদবদি লৈ। বালাবু অনিসাগী অশেংবা মচানি খঙনবা হোৎনবদা নমথাক তৌখি, ইকাইবা খঙখিদে। নামতা-য়েংবা থৌওংদগী চমজরবী, লমচৎ লুবী লৈশাবী অমবু লান্না লমজীংবগী মরূ হুনখ্রে খল্লুরগা মশাবু লৌনম চেনবা মীশক ওইনা লৌজখি। বালাগী থম্মোয় ফিদাদা কনাগুম্বনা ফমদুনা লৈখ্রে খল্লুবদগী মতম শাংনা খাঙলকখিবা অঝাবদু ঝাহৈ মচেৎ অমা ফোঙদোকপা নংহৌদনা বালাবু মাগীনি হায়না লাউথোকপসি নমজা হাজানবা মাল্লি, ইকাইজে। অদুবু ঈশ্বরদা মহাক্কী ঝাশক্তি মপূং ফানা পাঙথোকপা ঙমহনবীয়ু হায়জরগা ইন্দু হিপফমদগী হৌগৎলকখি।

নুংশাদা ফৌরিবা ফি কংবা ঙাইবা ওইনা ইন্দুনা মহাক্কী বেগতা য়াওবা অপিকপা ছুরি লৌথোক্লম্মী। য়াম্না থুনা য়াল্লুবা পোঙশঙদা লেমহৌবা চেং খরনা উতোংচাক থোংখি। মদুনা মখোয় অনীগী অয়ুক্কী চরা ওইগদৌরিবনি।

কেম্প পাংলকপা লম্বীদা ইন্দুনা মাঙ থাদুনা মখোয় তপ্না লাক্লম্মী। বালা ঙসিদি পুক্নীং ঝাখল য়াম্না চাউথোকখ্রে।

ইন্দুনা হায়, " বালা, হৌজিক্তি ঐখোয় অনীগী মরীসি অহলশিংদা শেংনা খঙহনবা তারবনি। মখোয়গী বিচার অমসুং পাউতাক ঐখোয় তাসি। "

" ইনবা তাবনি। অদুবু ঐখোয় অনী সরেন্দর তৌখ্রো হায়রবদি নঙ য়াগদ্রা? "

সারদগী তামো, তামোদগী নঙ, কয়াদা নুংশিখ্রবা মিংগৌনো।

" ঐদি লৈহৌরবসু নঙদি থোকখিগদবনি। " ইন্দুনা খুম্মী।

" কদায়দগী ঝানো? " বালা নুংঙাইতবা উৎলম্মী, " অদুম্না লাপ্না ইম্থোকপগী অহকপা চৈরাক পীবীনবা করিগী ঐগী পাঙ্গল-লৌশিং মাঙহনবীরিবনো?

ইন্দু বালাগী ঝাহংদু তাশিন্নদবা মাল্লি, খুমদে। বালাদি ঝাংলবা

চীংদোন্দগী লমদম তামহৌরবা মল্লবা লৌশঙদু য়েংলি। মদু কয়া কুইনা খাঙখিগনি ? উরী- ৱারী মরক্তা, মাগী অৱাবা কনানসু উবীদনা ই- লাংনা কুপশ্লগনি খল্লুবদা বালাগী থম্মোয় তনিক- তনিকখি পিরাং শীঙ্খিবা খঙহৌদ্রে।

চয়োল অমগী তুংদা ইন্দুগা বালাগা কেম্প থুংলম্মী। সর্জন্টতি নুমিৎ নীনিগী মমাঙদা য়ৌরল্লে। মহাক্না তম্বা পাউদগী মখোয় অনীবু থিবা মী তরেৎকী কাঙবু অমা থানবা শেম শাবা লোইরল্লে। সর্জন্টনা কেম্পতা পীরম্বা রিপোর্টতা ইন্দু য়াল্লবা সনা লূপাগা লোয়নরকখি হায়বদি য়াওরমদে। ময়াম্বু য়াম্না ঙকহনবা ওইনা চাউরবা শেলফম অমা ইন্দুনা পার্টিগী ফণ্ড ওইনবা অহলশিংদা শিন্নখ্রে। মহাক্না থবক্তা পেল্লবা ওফিসরশিংনা হরাউ- নুংঙাইবা ফোঙদোকপদা মরু ওইবা মীওই খরগী মিটিং অমা পাঙথোক্লম্মী। মিটিং অদুদা সভানা ইন্দুদা অপাম্বা অমা পীগে নিয়ু হায়রম্মী।

ইন্দু খুদক্তা খুম্মী, " বালাবু খুদোংথীবা নংলোইদবা মফম অমদা লৈহনখিবদা পার্টিনা য়াবীয়ু। "

অপাম্বা মখল অমনি। ওফিসরশিং ঙক্লা ইন্দুদা য়েংনরম্মী। সভাগী মপুনা হায়, " নহাক নশাগী অপাম্বা হংলগা বালাগীদমক অদুক য়াম্না ৱাবীরিবদি করিগীনো? অদুবু, ঐখোয়গী ৱারেপ লৈপ্লবনিনা নহাক্কী নীংবা থুংনবা, বালাবু শোয়দনা বেঙ্কোক্তা লৈহনগনি। "

বালানা থৎলকখি, " ঙাইবীখো সার, মেজর ইন্দুবু মশাগী ওইবা পোৎশক নক্তা অপাম্বদু নিহনবীয়ু, ঐগীদমক্তা খন্নবা তৌবীগনু। "

সভাদু চরাঙনখ্রে। মনুংগী ঈচেল উনখ্রবনি। বালা অমসুং ইন্দুগী লমচৎ- শাজৎনা পার্টিগী চৎনা- পথাপ্পু কৈদৌঙেদসু খোঙগাউনদুনা মাংথোক্লোই হায়না য়াম্না চাউথোক্লা ঙাঙখিবা ওফিসর খরদি মরু হঙ্গৎপা ঙমখিদ্রে। ময়ামগী মান্নদবা মীৎয়েং উবদা সভা মপুনা তেনশিন্নবা হোৎনদুনা বালাদা মুন্না ৱাখল তৌনবা পাউতাক পীরম্মী। মীফমদু অরোইবদা হরাউনা লোইশিনখিবা ওইদে।

মেজর ইন্দু অমসুং লেফটিনেন্ট বালানা অরোনবা মরীদা য়ুম্বানবগী

খোঙ থাঙজিনখিবগী মতাংদা কনফিদেন্সিল ওসিরনা পার্টিগী চিয়রমেন অমসুং সেক্রেটরীদা চপ চাবা ৱায়েন অমসুং পাউতাক পীবীরক্লবা চে থাখ্রে। মদুগী কোপী অমমমসু মখোয় অনীগী খূৎ য়ৌরকখ্রবনি। চে অদুদা মখোয়না পার্টিগীদমক তৌখিবা শীংথানিঙাই ওইবা থবক কয়াগী ৱারোলসু ইরি। মরক অসিদা মখোয় অনী উনবগী মতম ইফং ফংনখিদে। থা খরগী মতুংদা হানোইদা পাঙথোক্কদবা রিবোলুসনারী মুভমেন্টস এণ্ড স্ট্রাটেজিক্কী অচৌবা কনফরেন্স অমদা ইন্দুনা প্যার্টিগী মীহুৎশিন্দুনা য়াওরুনবা ওর্দর ফংখ্রবনি। অদুগা অমরোমদনা বালাদা নুপী মেম্বরশিং লৌশিনবগী থবক শিন্নরকখ্রে। রিক্রুটিং ওফিসর ওইনা মণিপুর তম্পাক্কী কেম্প অমদা লৈরুনবা চে পীরক্লগনি। মরম অদুনা মখোয় অনী য়াম্না উননীংবগী ৱাখল লৈফম থোকপনি।

নোংমা নুংথিল অমা, নোংপোক থংবা বঙ্করদা ইন্দু থবক শূরি হায়বা খঙবদগী বালা মনাক্তা লাকখি। তম্পাক্কী উমংশিং অমদি অহাঙবা মফম কয়া উবা ঙম্বদগী বঙ্কর অদু ওবজারবেসন পোষ্ট ওইনসু থম্লিবনি। লৈবাক অমসুং লৈঙোই হানবা বোরাখাউশিংনা লৈরঙ থোনগৎতুনা থা মচেৎ শানা শেম্বা অচৌবা বঙ্কর অদুগা শম্নবা শঙ মনুংদনি ইন্দুনা ফম্লিবসি। বঙ্কর অসিগী থোইদোকপা শক্তম অমদি, মী লিত্তুনা চৎপা য়াবা মিটর য়াঙ্খ্রে- হুম্ফু শাংবা শুরুং অমগা অরুবা লোক অমগা শম্নহল্লি। মদু অথু- অহাগীদমক চেকশিন্না শেমখিবনি। অথাপ্পদগী য়েংলকপদা বঙ্কর লৈবনি হায়বা খঙবা জাৎ নত্তে, অসুক্কী মতিক ফজনা কেমুফ্লাজ তৌদুনা থমখ্রবনি। বঙ্কর অদুদা য়ূ.এম.জি. মোটোর, গ্রেনেদ, হিবি মেচিনগন্নচিংবা শেন্নবশিংগী মথক্তা এতোমেতিক রাইফল পায়বা লানঙম তরুক অমসু লৈ। বালা চঙলকপদা গার্দনা এতেনসন লাউদুনা সেলুট পীরম্মী।

বালা মখোঙ থীন্দুনা সেলুট পীরকই, “ ঐনি, সার। ”

“ লাও, ফম্লো। ” ইন্দু ঙাইরম্বগুম হরাউনা য়েংলকখি।

বালা মায়োক্লবা চৌকীদা ফম্নরে, পন্দনা হায়, “ পার্টিদগী মপান থোকখিনবা ঐঙোন্দা অমুক হন্না তাকপীগনু। ঐ ৱাফমসি হায়বা লাকপনি,

তামো। ”

ইন্দু খুল্লমদে, য়েংলকপসু তৌদে। মহাক চে অমা পুক্লীং চঙনা পারি। বালা মী নক্লা লৈতে খঙহনবদা নাক-য়েং তোয়না য়েংলম্মী।

“ ঐদি মদুনা ফগনি খল্লি। নঙসি মমল য়াল্লবা মীওই কয়াগী মণিনি, থবায়নি। ঐগীনি হায়বদা চাউথোকচনিঙাই মরম য়াম্না লৈ। মফম চাবা য়েংসি। ” ইন্দু তপ্না ঈংনা হায়রকখি।

“ পুক্লীংগী বাদু হন্দোকপীয়ু। ঐ নঙোন্দগী লাপথোক্লা লৈবা খক ঙম্লোই। ”

অহোংবা বাহৈ অমসুং মিংগৌনা ফোং শাগৎহল্লবসু ইন্দু য়ানীংদবা উৎলকখি, “ বালা ঐখোয় অন্দরগ্রাউণ্ডনি হায়বা কাউথোক্তবা ফৈ। ”

“ মিংথোন অদুদগী ঐ মীচেন ওইনা নাম্থোক্লীংদে। শিরবসু নঙগা পূন্না। ঐখোয় অনীগী ফিরেপ অমসুং খোঙথাং অনী থোক্লা খাইদোকফম থোক্লিব্রা? করিগুম্বা মখোয়না য়ানীংদবদগী পিরকপা চৈরাক ওইরবদি হবাউনা লৌবা তাবনি। ”

লানঙম অমা চঙলকই।

“ সার, মেসেজ অমা লাকই। ”

ইন্দু তাক্লম্বা লানঙমগী তুং ইন্দুনা, বায়রলেস সেট লৈফমদা চৎখিরম্মী। বালাদি তাঙনা ফংবা মতম্লি, বা লেপ্লখিনি হায়না ঙাইরি।

মিনিট মঙাদগী তরা ফারে। ইন্দু ফিংলপ হল্লকই।

“ মেদাম, ঐখোয় অনীবু চীংলাইনা কৌরি। হৌজিকমক লানঙম কুম্ভাগা লোয়ননা মফম অসি থাদোক্কদবনি হায়রি। চৎসি, লাও। ”

ইন্দু বালাগা লোয়ননা বঙ্করদগী থোরক্লে।

# ৪০

ইন্দুখোয়গী পার্টিনা মণিপুরগী খা অমসুং নোংপোক্কী মনুং য়াম্না হঞ্জিন্না লৈবা ঙমখৈ লম খরদা, চাদা হুম্ফুতরাগী চাং নীংখা তম্বা ফংলে খন্না মপাঙ্গল লৈবা অচৌবা কেম্প খরা শেমগৎখি। হৌজিক কেম্পশিং অসিগী মথক্তা ভারত সরকারগী আর্মী, পেরামিলিটরী অমসুং মণিপুর ষ্টেটকী ফোর্স পূনশিন্নদুনা থুগাই-তকখাইবগী অকনবা লাঞ্জং অমা হৌরকখ্রে। পার্টিগী মপাঙ্গল উৎপগী মতাংনি। য়েক্লবগা মায়রোং য়ানবা পার্টিনা থৌরাং কন্না পায়খৎলি। য়েক্লবগী লম্বী থিংবা, মখোয়গী থৌনা-ৱাখল হস্থনবা তত্তনা লান্দাবা, অদুগা থবকশিং অসিগীদমক খুঞ্জা প্রজাশিংদগী মতেং নিবা হায়বসি তৌদবা য়াদ্রবনি। খুদক্কী ওইবা অহানবা খোঙথাং ওইনা পার্টিনা মেজর ইন্দুদা থৌরাং পরেং অমা য়াংথোক্লবা পাউতাক পীরকখ্রে। মসিমক্তি ইন্দুনা পামজবা থবক্তি। মরম অদুনা মহাক পোৎথানবা মতম ফংদনা লানঙম কুম্থ্রাগা লোয়নদুনা য়েক্লবগী লম্বী থিংবা হৌরম্মী।

লম্বী নাক অমা থিংঙি, নাকল অমরোমদগী হেক্তা, মরু ওইনা ম্যানমাররোমদগী, লানশিল্লকপা আই. এফ. কী কেম্প মশীং য়ামশিল্লক্লে। হৌজিক্তি লাল্লোং হোংদুনা য়েক্লবগী কেম্পশিংদা লন্দাদবা য়ারক্ত্রে। রেকিগীদমক ইন্দু থা অমগী মতম নিরম্মী। মসিদা মহাক্কা লোয়নগদবসি মী অনী খক্তনি, বালা য়াওগে হায়রকদ্রা খনবদা মহাক নুংশা থীখি। বালানা মহাকপু থিরক্লবা তাঞ্জা পীখিদে, মহাক্লসু থিরুদে।

অয়ুক অমদি ইন্দু বালাখোয় টেন্টতা লাকখি। কেম্পসিদা নুপী মরিগী টেন্ট তোঙাল্লি। চহী চুপ্পা নুমিৎকী মঙালনা লৈমায় ফংবা ৱারবা উমংগী মনুংদা ফজনা কেমুফ্লাজ তৌরবা টেন্ট নিপান লৈ। নুপীশিংগীনা ময়ায়মক্তা থম্মী। ইন্দুনা য়ৌশিল্লকপগা নুপী অমা ফি ফৌবা থোরকই। মঙোন্দা বালাবু উননীংবগী ৱা ইন্দুনা হায়খি। বালাদি হকচাং ঙমদবা নুমিৎ হুম্নি শুরে, ওদুনা ঙাক লৈরে, চাকসু চাদে হায়না মরূপ্তুনা তল্লকখি। ইন্দু কোন্না উনরগে হায়রল্লগা টেন্ট মনুং চঙনীংদবদগী হল্লকখি। অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনীনা য়েৎশিন্নরবা সংসারগী মশক ঙসিদি হেন্না হেন্না ময়েক শেংনা তাক্লকপগুম তৌই।

বালাবু উনরমদনা ইন্দুনা লুচিংবা মী অহুমগী রেকি খোঙচৎ হৌরে। মখোয়না চৎকদবা লমখে চাউই। য়ামদ্রবদা স্কোয়ার কিলোমিটর লীশীং মঙাগী লম মনুং থিংনা, তেংনা খঙনবা য়েংবা অমসুং চৎপগী থবক্তি। মখোয়না পুরিবা অচা-অথক খরদি খাক্তুনা থল্লগা মরূপ ওইবা খুলশিংদগী অয়াম্বা মতমদা চানবা হোৎনগদৌরি। অৱাং নোংপোক পাংনা চীংলোন কয়া লান্দুনা লাকখিবদু সেলোন কুকি খুল য়ৌরকপদা মখোয় পল্লম্মী। টেংনৌপল - নিউ সোমতাল লম্বীদা লৈবা খুল অসি চাউদ্রবসু খুন্দাফমদি ফৈ, থোইদোক হেন্দোকপা শকফম অমসু লৈ। উ-ৱা মচীন ফজনা তুল্লগা ফুট নিপান ৱাংনা মপানলোমদা ঙামথরগা শমজেৎ ময়াগুম কৃংনা য়ুংলিবা চুকশিংদা অশাংবা উফেনা শম্বল অমা খারি। শম্বল অদুগী অকোয়বদু চাউরাক্লা কিলোমিটর মরিরোম ওইগনি। মদু মখোয়গী লানবন্নি। লানবন অসিগী মনুংদা, ঈশিংসু মরাং কাইনা ফংবনা আই. এফ. কম্পনি অনীগী কেম্প লৈশিনখ্রে। য়ুম্নাক কুনমঙাগী অপিকপা খুল অসিনা অশুক চাউবা লানবন অমা শাবদা চঙলমগদবা মতম, শিজিন্নরমগদবা পাঙ্গল পারুবদা ঙক্তবা ঙল্লোই। খুল অসিদা চঙথোক চঙশিনগীদমক গেট অমদগী হেন্না লৈতে। মসিমক খুঞ্জাশিংগা তোৎনদুনা লৈখ্রবা আই. এফ. সিফাইশিংগীদমক খুদোংচাবা অমনি।

ইন্দুখোয় খুল মনুং চঙশিনবা য়াদ্রে। খুন্দগী হাইদোক্লগা সড়ক

মপান্দা দুকান মচা অমা ফল্লিবা নুপা অমগী মতেং লৌদুনা ইন্দুনা সেলোন্দা লৈবা মহাক্কী মরূপপ্পু থাপ্লা চৎথোক্লগা উনবা ঙমখি। মরূপপ্পা শীন্দুনা, খুন্দগী কিমি মখায় অমরোম কাখৎলগা অৱাংবা চীংথক্তা লৈবা উ খায়ফম শঙ অমদা মখোয় অহুম লেকপা তারে। শঙ অদুদা হৌজিক মী লৈত্রে। ইন্দুনা শেল পী, মরূপপ্পা চান-থক্লবা লাঙবা চৎলম্মী।

ইন্দুগী রেকি লোইরে। লমদম অদুদা চাইখাইদুনা লৈরিবা আই. এফ. সিফাইশিংগী কেম্প তরুক্কী চৎথোক-চৎশিন অমসুং মপাঙ্গলগী মরমদা মহাক শিৎ-শিৎনা খঙলে। থবক অদু অরায়বা ওইখিদে, ইন্দু উতোন্দা পূং তরাগী মতম লেনবা য়াম্না তোয়প্লবনি। আই. এফ. কেম্পশিংগী অকোয়বা লমশিংদা বোমগী লাং থাকপা অমদি অতে বুবী ত্রেপ মখল কয়া লৈবনা মখোয়গী মথক্তা য়াম্না নকশিন্না চঙশিন্দুনা লান্দারুবদা খুদোং চারোইদৌরি। মরম অদুনা য়েক্লবদা অৱাবা পীনবা অফবা পান্থেদি এম্বুশ তৌবনা ওইগদৌরি। ৱারোল কয়া নৈনদুনা ইরবা রিপোর্ট পুদুনা ইন্দু থা অমরোমগী তুংদা কেম্পতা হল্লক্লম্মী। মহাক্কী খোঙচৎ অসিগী মনুংদা য়েক্লবশিংনা মখোয়গী অনীশুবা কেম্প থুগাইনবা লান্দাবা হৌরম্লে। অকনবা লাল থেংনখি। নাকল অনীমক্লা খূৎলাই মখল কয়া শিজিন্নখি। গ্রেনেদ, মোতোর, লেথোদ অমসুং রোকেট লোনচরগী খোঞ্জেলনা চীংজাউ কয়া পূমতোই তোইপ্লবগুম নিংনপ্লবনি। খোঙফম অদুদা য়েক্লবশিং নীংবা কায়না হন্দোকপ্লবসু মখোয়গী মায়কৈদা অমাঙ-অতা য়াম্না থোকখিবগী পাউ তল্লকপদা ইন্দু য়াম্না নুংঙাইরমদে।

কেম্পতা ইন্দুগী রিপোর্ট কুপ্পা খন্নখি, অদুগা মহাক্কী ৱাসু ময়াম্না মুন্না তাখি। য়েক্লবগী কেম্পশিংদা মী মশীং য়াম্মী, খূৎলাই ফৈ, মপাঙ্গল কন্না লৈ। মখোয়গী কেম্প অমমম থুগাইনবা হোৎনবদা য়ামদ্রবদা নোংমৈ মরূ লীশীং অনী গ্রেনেদ কুন, মোতোর অমসুং অতে বোম্ব কুন, রোকেৎ তরা, অদুগা ফজনা তম্বীরবা লানঙম চাম্মা চঙগনি। হৈ-শিংবা, চেকশিনবা লাল্লোংদা পূং মঙা এক্সন্দা লৈগদবনি। মরম অদুনা লান্দাবগী থবক তোয়না পায়খৎলুবদা ঙাক-শেনবগী মতাংদা অহোবা লাক্কনি হায়বসি ইন্দুগী মতনি।

অচা-অথক, রসন হোনবগী লম্বী থিংবা কান্নবা লাল্লোংনি। অদুবু

ব্রাফম অসি খন্নরকপদা হায়বদি থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হোৎনবদা, খুদোং চাদবা কয়া উরে, মরমদি য়েক্লবশিংগী রসন হেলিকোপ্তরনা মফম হোং হোংদুনা পুরক্লি। হেলিপেদ লৈতবা মফমশিংদা নোংথক্তগী থাদরম্বসু য়াওরিবনি। ব্রাফমশিং অসি য়েংলগা ইন্দুনা হৌদোকখিবা এম্বুশতা অপাম্বা মীৎয়েং থম্লরে। অদুগা মতুং তারকপদা ইন্দুনা এম্বুশকীদমক মফম মরি খন্দোক্লে হায়বা পাউসু তমখি।

থবক্তি অরায়বনি, বুদ্ধিনি লুরিবদি। মতম অসিদা খুৎলাই অমসুং পাক্লগী মথক্তা হৈ-শিংবা য়াম্না চঙঙি হায়বসি মমাঙগী যৌদোক কয়ানা ইন্দুদা তাকখ্রবনি। মরম অদুনা ফাইতিং সেক্সন মরিবু দেমোলিসন অমসুং সেবোটেজ য়াওনা এম্বুশকী অকনবা ট্রেনীং পীদবা য়াদ্রে ; তোয়না রিহার্শেল পাঙথোক্লবা শীল্লস্মী। মদুদা মহাকপু তেঙবাংনবা বালাসু য়াওররে।

অয়ুক অমা, ইন্দুনা মহাক্কী লানঙমশিংবু ইন্মিজেৎ এক্সন অমসুং সি. ক্যু. বি. গী ট্রেনীং পীবা লোইদুনা মহাক্কী টেন্টতা হল্লকপা মতমদা বালা মপান্দা শেম্বা ব্লাগী ফানশাং অমদা ফমদুনা লৈরমখি, মহাকপু ঙাইরম্বনি।

" গুদ মোরনিং, সার। " বালা ফল্লম্বদগী হৌগৎলকখি।

" গুদ মোরনিং। করি লৈরে বালা, নহাক ঙসি ট্রেনীং মফমদসু লাক্তে। " ইন্দু বালাগী নাক্তা চঙশিল্লকুনা ফল্লে।

বালা পিরোইননা হায়, " মহেদু থুংলরে, ইশা ইথন্তা ওইরক্তবা থা অহুম শুরক্লে। "

ইন্দু মোমোন নোক্লস্মী, খোঙদগী তোন ফাওবা হুরাউবগী ঈচেম্না শাগৎহল্লি। য়াম্না চীং লেম্না হায়রকখি, " ঐবু ঈশ্বরনা কয়াগী মতীক নুংশিবীরিবা! ঙসিদি ঐগী থম্মোয়নুংসি নুংঙাইবনা থল্লে। নঙনা তাইবংগী চৎনরোল ঙাক্লবা থবায় অমা খুদোল তল্লকপদা ঐনা মপা ওইবা ফংজগদৌরি। "

" ঐগী অব্বাবা উবীদনা অদুম্না করেম্নবীগনু। " বালা ব্বারৌনা ঙাঙঙি। " পার্টিগী দিসিপ্লিন থুগায়বগীদমক চৈরাক ফংফম থোকই,

মীয়ামগী মীনোক-মৈশা খাঙগদৌরি। ময়ামসিগী মথক্তা, নহাকপু খোঙ্গোয়নবীগদৌরে, তৌখিবা থবক কয়াদু উত্তা ঘী হৈবগুম মাঙহনবা তারবনি।"

"বালা, কান্নদবদা নঙ য়াম্না খল্লে। ঐনা পার্টিগী চিয়ারমেন অমসুং সেক্রেটরীদা নহাকপু থবক্তগী পোৎথাহনবগা লোয়ননা খ্বাইদগী শাফগদবা মফম অমদা লৈহনখিনবা হায়জ-চে থাগ্রবনি। মখোয়না শোয়দনা য়াবীরক্লগনি, মরমদি অহল ময়াম্না ঐগী ব্বাদু শৌগৎপীখ্রে।

বালানা থৎলি, "তামোনা করিগী অদুম্না শীনবীরিবনো, ঐগী ব্বা তাবীদনা? ব্বাফমদু ঐদি মমাঙদসু য়াজখিদবনি।"

"বালা, মদুনা য়াইফবা ওইগনি।" ইন্দু তকশিল্লি।

"মদুনা তমোগী ব্বাখলনি, ঐগী থম্মোয়দদি শান্তি লৈরোই।"

"কান্নদবদা মরে তৌগনু, নশাগী ওইরক্লিবা ফিভম অসিগীদমক্তসু মুন্না খল্লু।" ইন্দু কন্তক থারকই, "নঙনা ঐবু নুংশিদে, ঐগী ব্বা লৌনীংদে, ঐনা ঙাঙবা তানীংদে ; অদুগী মথক্তা ঐগী ঈবু ইজ্জৎ তৌনীংদে।"

"অস! তামো! অদুম্না পাঙ্গল শোনবীগী থম্মোয় থুগায়বীগনু। ঐবু চঙজফম পীবীখিবা নুমিৎ অদুদগী থব্বায়সিনা নঙগী তুংইঙখি। পুক্লীং-ব্বাখল নঙোন্দা লূপচখি। লাইনীং অদুগী মহে হৌজিক্তি খোইজি খাদা থা তরা চুপ্না পুগনি। মাবু তাইবং মঙাল উহনগনি, মখোঞ্জেলসু তাহনগনি।" বালা মশা থক থক নিক্লকখি, "ঐ তামোবু, নত্তুগা পার্টিবু থাদোক্তুনা খক চৎলোই।"

"শুকয়া য়ারোই বালা! ঐগী থব্বায় হকচাং অমসুং নুংশিবা কৌবা পোৎশক পুম্নমক নঙোন্দা তুংগ্রবনি। নতু নামা তেকহন্নীংদে, অব্বাবসু খাঙহন্নীংদ্রে, নঙ ব্বাখল মুন্না তৌখো।"

ইন্দুনা বালাবু য়াম্না নুংশিনা, সংসারগী অনৌবা আশা উত্তুনা হন্না হন্না থেল্লম্মী। বালা তুমিন লৈগ্রবসু খোঙফম হন্দোকপগী মতৌদি উদে। ইন্দু মহাক্কী টেন্ট মনুংদা চঙখি। বালাদি চৎলে তাক্লম্নবা ঙাইরি।

ইন্দু ঘীন্দনা থোরক্লে। শঙনগী বেগ অমা বালাগী খুৎতা শিন্নরগা

হায়, " ঐখোয় অনীগী থব্রায়-হকচাং অমত্তনি, লৈজবা পোং তোঙান্দ্রবনি। সে, নুপীনা থক্ষম থোকই। লাখ কুনমঙানি, সনাসু খরা য়াওরি। চেকশিন্না থম্মু। ঐখোয়না লৈনুং হোৎতোক্লগা ফংখিবা শেলফমগী তঙ্খায় অমা পাটিনা ঐঙোন্দা পীবনি। অহলশিংনা হায়নৈ, শেল হায়বসি থাব্রায়গী মশক্কি, শিরগদবা মীবুসু মানা কল্লি, খক লায়থোকপা য়াদে। "

ঙাইহাক চঙক্লরুবা বালা বেগ পায়দুনা মহাক্কী লৈফমদা চৎখ্রে।

ইন্দু টেন্ট মনুংদা নুংঙাইনা পোৎথাফম খঙদে। বালাগী ফিরেপ্পা মহাকপু ব্রাহল্লি, কনশিল্লকপা য়েক্লবগী লালনা লৈতাহন্দে। মখোয়গী অনীশুবা কেম্প ফেরে-ফেরে হাইরে, হন্দোক্ত্রি হায়বতনি, মী মাঙবগী চাং হেনগৎলকপগী পাউ লৈ। অহুমশুবা কেম্প অসিদসু য়েক্লবনা লান্দারক্লবা চঙশিল্লক্লে হায়বা খঙলবনি। লমন্দা মখোয়না খূৎ হল্লুবদা য়েক্লবশিংগী মায়কৈদা কা হেন্না অমাঙ অতা থোকহনবা ঙমদ্রি। অমাঙ-অতোং চাংদম্লবদা খেন্নবা লৈতে হায়না পেন্থোকপসি ইন্দুনা পাল্লমদে।

ঙসি ইন্দুগী লীচিং মখাদা লানঙম কুন্না য়েক্লবগী মথক্তা এম্বুশ তৌনবা শেম শাবা লোইরে। মফম ইন্দুনা লেপ্পনি, খাংবরোল অমসুং জৌপীগী মরক্তা চীংজাউ লম্বীদনি। লাক্কদৌরিবা গাড়ী মশীং তরুক্লি তাক্লকখি। সিফাই মশীংনা প্লেটুন অমনি। মেজর অমনা লুচিংদুনা টাটা ট্রক অমদা হাপ্পা বুল ডোজর অমা পুদুনা লাক্কদৌরি। বুল ডোজর অদু টেংনৌপল-নিউ সোমতাল লম্বীদা লৈবাক কিন্থদুনা চৎথোক চৎশিন য়াহন্দ্রিবদু ফাওদোক্লবা পুরকপনি।

ইন্দুগী কাঙবু মফমসিদা নোংঙাল্লমদাই পূং অহুম মখায়দা থুংলখি। তু উরকপা মতমদগী কেমুফ্লাজ তৌবা অমসুং মফম শীন্দোকপা হৌরে। মিটর চনী অব্রাংলোমদা চুম্না লাক্লগা খুনীংথেক শানা কোনবা কয়লাস থাবা সড়ক্তনি পাঙথোক্কদৌরিবা এম্বুশসি। মিটর মরিরোম ব্রাংবা মথক্কী লৈরাই চপ য়ূংনা ঙম্মী, মখাদি থৌরীগী মতেং নশুনা কূমথবা নক্ত্রগা চোংথবা ঙম্বগী ব্রা লৈতে; মিটর কুন্থ্রাদগী তাদ্রবা নূং-ফক্লাং ঙাক্তনি।

সড়ক্কী মপান্দা, মফম খরদা হৈয়িং পাম্বী মচা মচা অমদি শুমজিৎ অম-অনী হৌবা নত্তনা অয়াম্বা মফম ইকোক কোকপনি। মিটর তরুক্লোম পাকপা সড়ক্কী মচি মচিদা রিমোট বোম্ব মরি প্লান্ট তৌখ্রে। য়েক্লবনা লাক্কদবা, অৱাংথংবা, মায়কৈদা গাইদ থল্লি। মখোয়না য়েক্লবগী গাড়ী মনীংনা হাল্লকদা থৎকদৌরি। মফমদুদা লানঙম মরি থম্মী। মথংদা, মিটর য়াঙ্খ্রে লাপ্পনা কোবর পার্টি লৈ। মদুদা ইন্দু য়াওনা মী তরুক ফজনা শেম শারে। য়ু. এম. জি., মোতোর, গ্রেনেদ, অফবা খূৎলাই পায়রি। ইন্দু ৱায়রলেস সেটতগী পাউ লেপ্তুনা চৎনৈ। মথং রিজার্ব কাঙবুদা বালা ফল্লি। মহাক্কীসু মীশীং অমসুং খূৎলাই ইন্দুগীগা মান্নে। অরোইবদু মী মরিগী স্তোপ পার্টিনি। মখোয়না সড়ক্লোমদা ঙামথদুনা হৌবা পরেং উ অমা প্লাস্তিক ইক্সপ্লোসিব শীজিন্নদুনা তুহনগদৌরি। নীং-মাঙ নাম্থোকখিবা ঙমদনবা অফবা খূৎলাই পায়দুনা ঙাক্লগদৌরি। নূং অমসুং উগী মরুম থুপ্লিবা মখোয়বু য়েক্লবগী টাগের্ত্তি খক ওইররোই। মরমদি, য়েক্লবগী নোংমৈ মরূশিং নোংদোল্লোমদা পাইখ্রগনি, নত্ত্রগা লৈরাইদা। মখারোমদা চোংথখিবা য়েক্লবশিং হিংবগী ৱা লৈত্রে।

ইন্দুনা মহাক্কী লানঙমশিংদা তত্তনা নীংশিংখিবা লৈ — মরূ লেম্না মাঙহনবা য়াদে, লান্দা অকনবা খোল্লাউ লাউগদবনি। অহানবা হুইসেলদা নোংমৈ কাপ্পা লেপকনি। অনীশুবদা য়েক্লবগী খূৎলাই খোমগনি। অহুমশুবদা উনফম তম্না চেনগদবনি।

ইন্দুনা অসিমসু চেকশিন্না মেনখি — সরেন্দর তৌরবা য়েক্লবশিংবু হাৎলোইদবনি। খূৎলাই খোম্বা মতমদা শেল, সনা খূদোপ, ঘড়ীনচিংবা পাম্বদগী মতম মাঙহনবা হৌনদে।

হৌজিক লানঙমশিং লানগীদমক ঙাইনরি।

মরকসিদা সাইকল থৌবা নুপা মরি লাকই। মখোয়গী সাইকলশিং অদু মনীং মমাঙদা শাংনা ৱাচেৎনা শাবা পোৎ পূনবা অমমম হাপ্পী। মখোয় ম্যানমারগী লমদগী অচা-অথক লৈবা চৎলিবনি। নুপা মরি লাপথোকখ্রে।

মিনিট তরারোমগী তুংদা, অফবা খূৎলাই পায়বা নহা তরুক

মরী-মরী লাকই, অৱাংলোমদগী মখারোমদনি। মখোয় লালহৌলুপ অমগী সিফাইশিং ওইরমগনি, য়াম্না নীংঙাইদনা চংলি। মখোয় উবদা ইন্দু মহাক্কী সিফাইশিংনা নোংমৈ কাপ্লকদ্রা হায়না নুংশা থীখি। মখোয় হেন্দোকখিবদা মহাক স্বর শাংনা হোল্লম্মী।

ইন্দুগী লানওমশিং অরাম খৌরাংবা পোক্লরে। পোৎথাবা লৈতনা য়েংলকখিবা মীৎশিং চোকথরবনি। মখোয়গী এম্বুশগী খৌরাং অরেম্বা তাগদৌরিব্রা হায়বদা তোয়না য়েংনরে।

উম! ৱা! অরূম্বা গাড়ীগী খোঞ্জেল তারে! ইন্দু চেকশিন ৱাহেদা উশা নোল্লম্মী। মিনিট অহুমগী মনুংদা জীপ অমনা মাঙ থাদুনা গাড়ী মরী এম্বুশ জোন্দা চঙলক্লে। জীপকী মতুংদা সিফাই থন্না তোংবা টাটা গাড়ী মচা ইন্নরি। মথংদা বুল ডোজর পুবা ট্রক অচৌবনি। খ্বাইগী তুংদা লাকপা নিশান গাড়ী অনীসু য়ৌশিল্লক্লে। জীপ্তা মেজর, অদুগা নিশান গাড়ী অমদনা সুবেদার তোংলি হায়বা সেটতা হায়রকপ্রবনি।

গাইদ পার্টিনা উনা নোল্লকপগা স্তোপ্না উ থুদেকপ্রে। উজাউদু মশা মরেংগা অহৌবা খোঞ্জেল লোয়নদুনা তুখি। অকনবা এতেক্লি। ওতোমেতিক রাইফলশিংনা কবোক পোকপগুম খপথরকপদা য়ু, এম. জি. অনি অমসুং গ্রেনেদনা পাংশিল্লক্লি। টু-ইঞ্চ মোতোর অমসুং রিমোট বোম্বনা গাড়ী অহুম থুগাইখ্রে। মেজর অমসুং দ্রাইবর জীপ্তুগী কৃমথবগা নোংমৈ মরূনা য়োমখি। মখোয় গাড়ী চাকাদা য়ৈশিল্লগা সড়ক ময়ায়মক্তা তারে। মৈখুনা মল্লে। নোংমৈ খোঞ্জেল মরক্তা ' জয় দুর্গা মাই! ' ' জয় বজ্ররঙ্গবলী। ' আই. এফ. সিফাইশিংদু নোংমৈ কাপফম খণ্ডদনা কোয়চেন চৈন্নে। খরনা গাড়ীগী মরুম থুপ্লবা হোৎনরি। খরনা অঙম্বা লৈরাইদা চোংথখি।

গাড়ী তরুকমক ইতোই তোইরে, মৈনা য়োল্লে। প্রোক প্রোক, দুও, বম, হুইস, দ্রর-দ্রর, হৌজিকসু লেপত্রি। উপায় লৈত্রবা আই. এফ. সিফাইশিং অরুবা লোকখাদা চোংথনখ্রে। খাঙহৌবশিং সড়ক্তা ইচাই চাইনা তারবনি। উনা-উশা মরক্তগী নোংমৈ থাঙ্গৎলকপা সিফাই অমদা বালানা

কাপখিবা মরূ অনীনা লাল লোইশিনখ্রে। ইন্দু অহানবা হুইসেল খোংখ্রে। অমম্বা মৈখু, কন্দ্রুক অমসুং পেট্রোল মনমদি চীংগোন্দা নৈশিন্দুনা লৈরি। ময়াই কারবা লানঙমশিং লাউ-খোংখি। ইন্দু অনীশুবা হুইসেল খোংলম্মী। মীকুপ্তা লৈরাইদগী নাম্থখিবা লনঙমশিংনা নোংমৈ অমসুং অতে পোৎলম কয়া খোম্বা লোইখ্রে।

মায় পাক্লবা এম্বুশ অদুগী অহুমশুবা হুইসল খোংদুনা ইন্দু উনফমদা চৎনবা থৌরাংদা লৈরে। য়েক্লবা জবানশিংনা ঈরক্তা, মৈরক্তা, উফুন্দা তাদুনা লৈবদু মহাক থম্মোয়দা চৈনা অমা খাঙদুনা মশীং থীরম্মী। মখোয় তরানিপান্দি মথায় কৎখ্রে।

য়েক্লবদগী মখল- মখলগী খূৎলাই তরাতরুক ফংদুনা লাকখিবা ইন্দুগী পার্টিবু উনফমদা রিকোবরী টিম্না ওক্লম্মী।

মায় পাকপগী নুংঙাইবগা লোয়ননা মখোয় কুম্থ্র য়ায়াং খুন্দা অহীং অমা পল্লম্মী। নোংঙানবগা অমুক খোঙশাল্লকপদা মখোয় কাঙলূপ অনী থোক্লা তোঙান তোঙানবা লম্বীদা চৎনরে। মদুনা পেট্রোলিংগী থবক অমসু পাঙথোক্লবনি।

এম্বুশ পাঙথোকখিবা চপ চানা পূং য়াম্খেগী তুংদা ইন্দুগী কাঙবু ম্যানমারগী মনুংদা লৈবা সব-কেম্প অমদা থুংলম্মী। নুমিদাং পূং তরেৎ মখায়গী মণিপুরী পাউ মখোয় ময়াম তারম্মী— অফবা মখলগী খূৎলাইশিং শিজিন্নদুনা মশীং য়ান্নবা অন্দরগ্রাউণ্ড কাঙবু অমনা জৌপী এরিয়াদা ইন্দিয়ান সিক্যুরিটি ফোর্সকী সিফাইশিংগী মথক্তা অকনবা এম্বুশ অমা চৎথখ্রে। পূং অমরোমগী অকনবা লাল অদুদা নাকল অনীমক্তা অমাঙ অতা য়াম্না থোক্লখি। ইন্দিয়ান অর্মীগী জবান তরেৎ মফম অদুদা শিখি। মখোয়দগী খূৎলাই পুখ্রে। অন্দরগ্রাউণ্ডশিংগী মায়কৈদসু মীশি মীনা য়াম্না থোক্লমগনি হায়রি।

নুমিৎ মঙানিগী তুংদা ইন্দুগী কাঙবু মখোয়গী অহুমশুবা বেজ কেম্পতা থুংলম্মী। ইন্দুবু ওফিসর পূম্নমক্না থাগৎনরম্মী। পার্টিগী লুচিংবশিংতা নত্তনা অতোপ্পা লূপ কয়ানসু নুংঙাইবা পাউ ইন্দুদা লেপ্তনা

থানরকখি। অদুবু ইন্দু চিন্তা অমনা মরম ওইরগা হরাউবদি ইঙম ঙমখিদ্রে। এস্মুশ নুমিৎতা বালানা য়াম্না লূম্না চোং ফনবদু মমিৎতা অসুম উরি। করিগীসু লূপ্লোই, মহাক্লা মতম পাবদা, বালা থা তরুক্কী অঙাং পুরবনি। হৌজিকপু নোংমৈ পায়দুনা উমং-ব্রামং, চীংজাউ-তুরেল লান্দুনা মহাক্লা অসুম চত্তুনা লৈবগী মতন্না? ফিভম অসি য়ৌরফাওবদা বালানা মঙক কনবা মতৌদা লৈরিবসি খল্লুবদা মহাক প্রোক প্রোক চাক্লম্মী। নোংমতং বালাবু উনরগা অকনবা ব্রাহে খরা হায়রগে খল্লকখি। অদুবু মরক অসিদা মহাক বালাবু উনবদি ইফং ফংখিদে। মহাক ব্রারৌই, মদু বালানা থৈবনি খল্লম্মী। অসুম মতম লেনথোকফম থোক্লে। মরম অদুনা ইন্দু অরোইবা উপায় অমা থিবকখি—পার্টিনা নত্তবসু মশামক্কী লন্নাই থৌবাংনা বালাবু থৈদোকখিনবা অথুবা থৌবক পায়খত্তবা য়াদ্রে।

# ৪১

তাঞ্জা অমা ফংলবদা ঙসিদি ইন্দুনা বালাবু উনরম্মী।

" বালা, " ইন্দুনা হায়, " মতম অসিদা নহাক এক্সনগীদমক মতিক চাদ্রবনি, অদুবু, লোয়নগেদি খল্লি। "

" কৈদৌঙৈ চৎকদবনো, তামো? মফম্না কদায়দা? "

" নুমিৎ মঙানি ব্রাৎলি। পিল্লর পোষ্ট ৪৫দগী ৫৫ ফাওবগী মনুংদনি। বোর্দর লমদা খোঙনা চৎপা য়েক্লবগী পেট্রোল পার্টি অমদা এম্বুশ তৌগদবনি। হন্দক্তি মী য়াম্না চৎলোই, অখন্নবা লানঙম সেক্সন অমনি, নঙসু য়াওহন্নীংঙি, করি খল্লি?

" মতমসিদা ঐ কনাগা লোয়নরগা নুংঙাইগনি? অদুম্না নীংশিংবীরকপা ঐগী লাইবক ফবনি। "

" অদুদি, হয়েংদগী রিহার্সেল য়াওরসি। "

" হোয়, তামো। "

ইন্দু মহাক্কী টেন্টলোমদা লাক্লম্মী। বালাগী মশাদা থাঙজং-তাজংদবা, থেন্নুবদা তানীংদবা মতৌ উরগা মহাক য়াম্না ওলাংখি। অঙাং চেনবী নুপীনা অন্দরগ্রাউণ্ড কেম্পতা লৈবা য়াগদৌরিব্রা? মচা পোরগা লাম্ছেংনগে হায়রিব্রা? খন্নবা য়াবা ব্রাফম নত্তে। মাবু লমচৎ কাম্বী অমা ওইনা উনরকপদা খাঙঙমদবা মৈশা অমা লাংগদৌরিবসি কনানো? হৌজিক মাবু পার্টি অসি থাদোক্কুনা চৎহনখিনবা হোৎনবদা নমথাক, নম্ফু,

ধমকা অমসুং মোইথেম শিজিন্নবদা দোষ লৈফম থোক্লে, তৌদবা য়ারক্লবনি।

ইন্দুনা লুচিংবা অখন্নবা এস্থুশ সেক্সন খোঙশাল্লক্লে। বালানা মথং খনবা ওইরি। থব্রান-লাংবন মতম্লি, মখোয় তোয়না নোংগা মায়োক্লুরে। উমংদা প্লাস্টিক টেন্ট মচা মচা খন্দুনা, উতোংচাক অমসুং কৌতাগী ঙানা লেনবা অহীং অনী শুরে। মখোয়দা মখা চৎথনবা অফবা তাঙ্গা খক পীরক্লি।

নুমিৎ হুম্লি চুপ্না ইন্দুখোয় কাঙবু লুমদুনা য়েংঙি, লম্বী অদোমদা য়েক্লবা সিফাইশিং লাকখিদ্রে। ইন্দুনা খনবা অতোপ্পা মফম অমগীদমক মখোয় অমুক অব্রাং নোংপোক পাংনা, ম্যানমারগী উমংদা খরা নম্না, নোংলক্তা কন্না চৎলম্মী। মখোয়না নিউ সোমতাল নকশিল্লকপা মতমদদি নোং হাংখ্রে।

ইন্দু খোঙচৎ অসিগী মরু ওইবা লম্নাইগী পান্দম অমা চেকশিন্না ফুমদুনা লাকখ্রবনি, কনাগী মফমদসু হায়দোকখিদে। ওইজব্া থিবগী ব্রাখল অমনা লমজিংলকপগা লোয়ননা, পুক্লীংনা মওন-মওন ইনশিল্লকপদা মহাক লৈতাদে। অদু ওইদুনসু মহাক লালগীদমক চেকশিন্দবা নত্তে। হৌজিক বালাবু নমথনবা হোৎনবদা অফংবা পাম্বৈ অমা নাম্থোকহল্লরোই হায়বসিমসু লেপখ্রবনি। মদুনা মরম ওইরগা, মশা ব্রাইশংদ্রবী, পাঙ্গল ব্রাৎলবী বালাবু অখন্নবা লানঙম মরক্তা তিনহন্নবা মহাক্না ইনশিল্লুবনি। মসিনা মঙোন্দা হৈনীংবসু য়াম্না পোকহল্লি, খোঙথাং খুদিং ব্রাখলগী লাল শোক্লরি। মহাক্কী অচৌবা থাজবা লৈ, শান্তনুনা কন্না থেন্নবদি বালা পুক্লীং হোংবা য়াই হায়বসিনি। বালানা শান্তনুগী মফমদা থম্বা ইজ্জৎ অমসুং শ্রদ্ধা য়াম্না চাউই হায়বা মহাক খঙল্রে। মতাং চারিঙেদা বালানা শান্তনুগী মথক্তা, অমনা হায়বা অমনা য়ানবগী মস্তিক্লবা অমা থমজরসনু হায়নসু খল্লকখ্রে।

ইন্দুগী কাঙবু বোর্দর পিল্লর নক্লা নক্লা চৎলম্বদগী ম্যানমার হায়-ব্রে লানশিন্দুনা অশুকপা উমং অমদা চঙলম্মী। মফম অদুদা য়েক্লবশিংনা লুমদুনা লৈরম্বা য়াই হায়বসিদা মখোয় য়াম্ন চেকশিল্লম্মী। নুংশা নেমথরকপা

ঙাইবা ওইনা ঙাইহাক পোৎথাখিসি খন্নরকই। ইন্দু লমখৈদু য়েংঙি। শান্তনুগী য়ূম চাউরাক্লা কি. মি. মরি লাপ্পমখিবা য়াই।

" মরূপ পূন্নমক, " ইন্দুনা হায়, " হৌজিক নক্লবা খুল অমদগী চান-থক্লবা পোৎ খরা লৌরক্ত্রবদি ঐখোয় নুমিদাং চরা হেনগদৌরি। উমংসি লাম্থোক্লগা পঙলাপ লাপ্তনা কবো খুল অমা ফংগনি। মফমদুদা ঐগী চান্নরবা মরূপ অমা লৈ। ঐ মহাক্কা অমুক্তং উনবা পাম্মী, পাউ লৌনীংঙি। লোয়ননা, চেঙ চাক খরসু লৌরুগে খল্লি। মফমসিদগী লেঙদনা লৈবীরম্মু। ময়াম পূন্না চৎপদা ফরোই। ঐনা লানঙম অমদি লোয়নবা তাই। চাউরাক্লা পূং অনীরোম চঙগনি। মফম অসিদসু আই. এফ. সিফাই য়ৌরকপা য়াই, চেকশিনসি।

কমাগুরগী ব্রানি, লানঙম অমত্তা য়াথংগী মায়োক্তা খুল্লক্তে। মখোয় পূন্নমক পোৎথানীংলে, লেঙনীংদ্রে। মদুগী মথক্তা, চরা হেন্দনবা ব্রাফম য়াওরি।

ইন্দু লানঙম নহা অমগা লোয়নদুনা চৎখ্রে। বালা করিসু ঙাঙদে। লৈহৌবা ময়ামগী কমাগুর ওইরে খন্না তুমিন ফল্লম্মী। মহাক খঙঙি, উনরুগদৌরিবা মীশকসি শান্তনু নত্তনা কনাসু ওইরোই। চেঙ-চাক্তগী হেন্না লুবা ব্রাফম য়াওরিব্রা, অসুম্না খলহৌই।

ইন্দুগা লানঙম নহাদুগা শুক্লবা উজাউ উরক্কী লম্বী তাদবা নূংলক-নারক্তা কন্না লাকখিবা পূং অমা ফারক্কদৌরে। মখোয় ব্রা ঙাঙনদে। ইন্দু চৎনা চৎনা খল্লি — ' ঐখোয়না নম্ফু-হাফু শীজিন্নদুনা ইয়াম্বদুবু খূৎ চন্নবা হোৎনখ্রে। মদুদা মহাক শোয়দনা ব্রারৌরমগনি। ঐখোয়বু তুকচ্চরমগনি। লালহৌবগী তমথীবা লোনচৎ ইল্লি খল্লমগনি। হৌজিক ঐগী ব্রা মহাক্লা তাবীগদ্রা? ঐবু মনাওমক্লি খনবা ব্রাখন্দু মঙোন্দা লৈরমখিগদ্রা? মহাক ঐখোয়গা উননীংদবদগী থৈখিবসু য়ারিবনি। ঐসি কয়াদা তোল্লবা! নত্তে, ঐগী ব্রাখল লাল্লি। ইয়াম্বদু অদুগুম্বা মী নত্তে। মহাক্কী মীনুংশি সমুদ্রগুম চাংজৌ নাইদে। থৌজালসু অতিয়া পক্লা ব্রাংঙিং। ঐগী অব্রাবদা মহাক উশিন্নদবা খক তৌরোই। ঐনা হায়জবা তাবীগনি,

পুক্লীং চঙবীগনি। মহাক্লা বালাবু শোয়দনা থেমগনি। সাধারন পুক্সিদা হল্লক্তুনা অফবী মমা ওইনবা তকশিল্লক্কনি। মদুগীদমক মহাক্কী য়ূমগী থোঙ লাওনা হাঙলি, তেংবাংগে হায়রক্কনি। করিগুম্বা বালানা মফমদুদা লৈনীংদ্রবসু অফবা অপাম্বা মফম অমদা লৈবা য়ানবা শীনগে হায়রক্কনি, মরমদি বালাবু মশাগী ইমুংগী মীনি লৌখ্রবনি। কয়াদা ফজরবা সনাগী সংসারনো, ঐনা উজগদৌরিবসি! হে ঈশ্বর! নুপা থোক্লা থৌদাং অমা পাঙথোকপা ঙম্বগী নুংঙাইবসিবু করি পোৎশক্লা মহুৎ শিনবা ঙমগনি?

ইন্দু নুংঙাইবগী ঈপোম্না থম্মোয়বু থূমজিনখিবদা মোমোন নোক্লি হায়বা খঙজদে।

দুঙ-দুঙ! খঙহৌদনা কাপ্লকখিবা বর্ষ্ট মরূ অনী অনীগী অরূম্বা খোঞ্জেলনি। ইন্দু অমসুং মহাক্কী মরূপ লৈমায়থক্তা হাইথখ্রে। করি মতৌনো! মখোয় মরূনা পাল্লে। মখোয়বু কনানা হাৎলিবনো খনবগা লোয়ননা ইন্দুনা অরোইবা স্বর হোন্দ্রিঙৈদা উমং অদু ফুক্কদবগুম নোংমৈ কাপ্লবগী মখোলনা পূম্লিল নিনখ্রে। মঙোন্দা অসুম্না থোকখ্রিবসি করিগীনো, বালাবু শান্তনুগী খূৎতা শিন্নবা ঙম্লমদ্রে হায়না শোনখিবদুনা থৱায় অমগী অরোইবা ৱাখল ওইখ্রে।

নোংমৈ মখোলনা মীপাইহল্লবা বালাগী মীশিং অমগা অমগা য়েংনৈ। মখোয় মায়কৈ লাকশিন্নবা হোৎনৈ। কাপ্লবদু লেপ্লদে। অকনবা লান্নি। মখোয়গী মী অনী খুদোংথীবা থোক্লম্বা য়াই, খোঙ্গুল লীসি হায়নবা য়াওরকই। ৱাফমদু মখোয়সু লাংদুদা থুরুবা শোয়দ্রবনি; য়েক্লবনা লুমদুনা লৈরে খঙলবা মফমদা খক চৎলোইদবনি হায়বসি মখোয়গী ট্রেনীংদা য়াওরি। অনীশুবনা — মখোয় অনীগা কাপ্লবা মান্দে, মী অনীদা তৌবা এস্থুশবু অসুক কনবা লাল ওইরোই, মতম কুইরে কাপ্লরিবসি। অহুমশুবনা — লাল অদু পাঙ্গল হায়ফেৎ মান্নবা কাঙলূপ অনীগী মাল্লি। য়ামদ্রবদা মায়কৈ অমমমদগী মী কুন-কুম্না নোংমৈ কাপ্লরি।

বালা থম্মোয়নুংদা খাঙঙমদবনা প্রোক প্রোক চাক্লবসু ময়াম্না পীনরকপা মত অদুবুদি য়ানীংখি, ইন্দুখোয়গী খোঙ্গুল লীসি হায়বা ঙমদ্রে।

পূং অনী হেল্লে, ইন্দুখোয় হল্লক্লে। লানঙম তরা পুক্লীং চন্নবা পূং অমগা চোম্থদুনা য়েংলম্মী। মদুগী কান্নবা লৈত্রে। বালা ব্রা করিমত্তা ঙাঙদনা কপ্লীংবা খাঙলকপা কুইরে। মহাক ময়াম্না ঙাঙনবা করিমত্তা তাদবগুম ফন্নম্মী; মহাক্কী ব্রাবুদি ঙাইনরি।

" ঐগী পুক্লীংদা মখোয় অনী খুদোং থীখ্রে। " বালা ফুক হৌগৎলকখি, " হৌজিক ঐখোয় নুপা অনীগী খোঙ্গুল লীবা তারবনি। অশেংবা অমা খঙদোক্তনা চৎখিবা চুল্লোই। অদুবু ঐখোয় তহ্‌া তহ্‌াদি চৎপা ফত্তে। হৌজিক নোংমৈ কাপ্পবা লেপখ্রে। নাকল অনীমক হন্দোক্লবগী মতম্নি। ইচাই চাইখাইনা চেম্থোক্লরম্বসু য়াই। মফম অসিদগী কিলোমিটর অহুল্লোম ম্যানমারগী লমখৈসোমদা চুমদ্রিং চৎলগা তুরেল অমা লৈ। মফম অদু য়ৌদ্রিফাওবা, হায়বদি অকোকপা তম্পাক্কী লম অদু ফংদ্রিফাওবদি ঐখোয় অমনা অমবু কোবর তৌনদুনা, নাক য়েৎ য়েংনদুনা চৎকদবনি। "

লানঙমশিংদু মখোয়গী মেদাম কমাণ্ডরগী ব্রা তারম্মী। লমদম অদুবু য়াম্না মুন্না খঙলম্বা মতৌ উবদা ঙক্লা য়েংনবসু য়াওরি। য়েৎ অমসুং ওয়দা য়েংগদবা মাঙগী গাইদ অনী খন্দোক্লগা মখোয় তরা চৎপা হৌরম্মী। অমগা অমগা মিটর তরামঙারোম লাপ্পনা চৎলিবা পরেং অদুদা বালানা তরুকশুবদা চৎলম্মী।

কিলোমিটর অমরোম লাক্লবা মতুং, নূংজাউশিংগী অকোকপা লমহাং অমা য়ৌরকপা মতমদা অহানবা গাইদ চপ লেপখি। মহাক্না ময়ামদা ফমথনবা ইঙ্গিৎ পীরকখি। মিনিট অমগী মনুংদা মখোয় পূম্নমক নূংগী মরুমদা লৈনরম্মী। বালা মরম খঙনীংবনা, য়োংগী শাজত্তা তপ্না তপ্না লাক্লুনা অহানবা গাইদকী মনাক য়ৌরকখি। হৌজিক মহাকসু উরে, সিফাই কুনলোমগী টুপ অমা উমংদগী ফাওদোক্লুনা অকোকপা লমহাংদুদা, লাপ্তক্লা, অব্রাং-নোংচুপ পাংনা চৎলি। মখোয়দু আই. এফ. নি। কাউন্তর ইন্টরজেন্সিগী থবক্তা আই. এফ. না ম্যানমারগী ঙমখৈ লানশিন্দুনা চৎপা য়ানখ্রে হায়বা পাউদু বালা নীংশিংলকখি।

মীকুপ খরগী তুংদা টুপ্তু উখিদ্রে, মখোয়দি লেঙনদ্রি। নুমিৎ কয়ানি

মখোয়না নোংলক্তা ঙাইহখিবদু করিদা কান্নরি? অদুবু বালানা ইন্দুগী রেকিবুদি লাল্লি হায়নীংখিদে।

অঙকপনি! আই. এফ. না করম্বা লালহৌলূপকী মথক্তা চৎথরুবা এস্থশনো! মখোয় য়েক্লবদগী খোল্লকপা খুৎলাই অনী পুদুনা চৎলি।

" তেক পোজিসন ! " বালানা খঙনবা ইঙ্গিৎ পীরম্মী।

অচৌবা উজাউ মরাং কায়না হৌরম্বদু মখোয়গীদমক লাইবক ফরবনি। গ্রেনেদ অহুমশুরে পোকখায়খিবা । উমংলোমদগী চেন্থোরকপা সিফাই য়াম্লে। আই. এফ. কী মথক্তা চৎথরকপা কাউন্তর এস্থশনি। মখোয় বালাখোয়না লৈবা মফম্লোমদা হন্দোরক্লি। লেথোথ বোম্ব অমা, মোতোর অনী বালাখোয় য়ৌশিল্লক্লে। অকনবা এতেক্লি। বালা মহাক্কী মীশিংবু থৈদোক্লবা শিল্লম্মী। মায়কৈ য়েংলিঙৈদা য়াম্না নক্লা মোতোর অনীগা পোকখাইরবদা ময়ামদু মিপাইবা হেনগৎপ্রে, মপা-মপা খুদোংচাগদবা মফম য়েংদুনা চেন্নরম্মী। বালাগী মীশিং লান্নংলবনি। নুমিৎতুগী অনীশুবা লান্দু য়াম্না কুইনা শোক্লখি।

বালানা তুরেল তোর্ব্বান য়ৌরকপদা মহাক্কী মী কনাসু উদে, নাইতোম তারে। মহাক শোঙলবা নারক অমদা লোত্তুনা করি ফিভম থোক্কদৌরি হায়বদু য়েংলম্মী। পুংখায়দগী পুং, পুং অমদগী অনী ফারকপ্রে। শানম-মীনম ফংদ্রে। মহাক্কী মী অশোকপদি য়াওখিদে হায়বদি খঙঙি।

নুমিদাংবাইরম য়ৌশিল্লক্লে। বালাগী পুক্নীং-বাখলসু অসুম অসুম মমশিল্লকখি। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা ইন্দুবু অমুক হন্না উনবা ফংখিগদ্রা হায়বসি তোয়না তোয়না হংলকখি। অতিয়াসু অহাঙবা মফম উশিল্লক্লে। নোং পুবা লৈচিললনা মায়কৈ মরিমক শীনপ্লে। অহীং য়ারেকফম থিদবা য়াদ্রবনি। চঙজফম লৌবদা খ্বাইদগী খুদোংচাগদবা, য়াম্নসু নক্লা লৈরবা মফম হায়রবদি শান্তনুগী যুম তারবনি। অদুবু মহাক শান্তনুগী মফমদা মশক উৎনীংদ্রে। মহাক্লা তৌখিবা থবক্কী নত্তে, ফিভম তাঙ্গানা য়াদ্রবনি, ইকাইনবা মরম লৈ।

বালা নারক-শীংলক্কী মোংশোংদা, তুরেল ঈচেল হঙ্গৎনা শাগী

খোঙ্গুম্দগী হেন্না উদ্রবা লম্বীদা, নোংচুপ পাংনা লেপ্তুনা লাক্লম্মী। উমং অদুদা অকোকপা লম্বী অমা ফংবগা মহাক খোঙথাং হাইগৎলকখি। চীংদোঙ অমা য়ৌরকপদা, মহাক মায়কৈ মরিদা য়েংলম্মী। অবাংলোমদা উমং কোকথোক্লগা লৌ-ইখোল শেম্বগী পন্দুপ অমা উরে। হায়বে লাছোক্লি। মরম অদুনা মহাক ম্যানমারগী মনুংদা লৈরি হায়বসি লেপ্লে। অবাবা খরা হন্থবগুম তৌই। উমং কোকথোক্লিবা মফমদু খূল শেমগৎনবা হোৎনরকপা মাল্লি, মরমদি পামশীং মরক্তা য়াম্না লন্না, নৌনা শাবা শঙ মরি উরে। মফমদু য়ৌনবা বালা লেপ্তুনা চৎলম্মী।

অমম্বনা হেল্লক্লবা মতমদু নক্লবদি বালা য়ুমদু তম্না চঙশিনবদা হঙ্গোয়গনি। মহাক্না নারক্তগী ফাওদোরকফম মপা অদুমক্তা, নুপী অমা বর্মা সনাবুল অমদা ঈশিং শোক্লম্বা উরে। বালা স্বর শাংনা হোল্লি। ফিজোল য়েংলগা নুপীদু কুকিনি হায়বা বালা খঙঙী। বালা পহ্থদে, প্রপ প্রপ চঙশিল্লি। মহাক নুপী অদুগী মতুং ইন্নবা হোৎনৈ। য়েংবদা নুপীদু মহাক্কী লেংগানি। মহাক্না খৌদেম্বদগী নুপীদু তুংলোমদা য়েংলকখি। শকফম মীনুংশি চেল্লি। অসুম ঙক্তক চপ লেপ্লগা য়েংদুনা লৈরে। মাবু বালাগী শকফম্না হঙ্গোইহন্দবা মাল্লি।

বালানা কৌই, " ইতা। "

নুপীদু খুল্লক্তে, মমায় লৈদুনা মখোঙ থাংঙি। বালাসু লেপ্তুনা খোঙকাপ তরারোম মতুং ইল্লক্লে।

" নঙ মৈতৈরা? " নুপীদুনা ওনশিল্লকই।

" হোয়, ইতা। " বালানা খুম্মী। " ঐ নখোয়গী নতেং নিবা লাকচবনি। হঙ্গোয়বীগনু। "

নুপীদু মখা তারক্তে, চৎপদি লেপ্তে। য়ুম নকশিল্লকপগা মাগী নুপা থোরক্লে। মহাক হৈনদনা য়েংলকখি। য়ুমগী থোঙ হাংবনা ইমুংদা হন্নুবী অমা অঙাং পমদুনা ফম্বদু উই।

" ইবুং, ঐ চঙজফম থিরকপনি। "

" খঙদ্রেদা, মপান সিফাইনা নৈবনে, মনুংগী মীশিংনা ওৎপনে,

ঐখোয় পানবা ঙম্লরোই। ”

বালা পোঙতক-চাউতক্লা হায়, “ অদুগা ঐদি নখোয়বু তেঙবাংবা লাকপনি। ”

ঙাইহাক খনখিবা নুপাদুনা হংলকখি, “ করি পাম্মী? ”

“ ঙসি ঐ মফম অসিদা লেকচবা তারে। ”

“ নথন্তরা? নুংথিল্দা নোংমৈ কাপ্নখিবদু নখোয়রা? ”

“ হোয়, লাকমিন্নবা য়াম্লবসু লেক্কদবসি ইথন্তনি। ... অসিদসু নোংমৈ মখোল তাব্রা? ”

“ ঐখোয়গীসি লৌশঙনি, হোংলকপা কুইদ্রি, চান-থক্লবসু ফরোইদা। ” যূম্নু লৈহন্নীংদবগী মতৌ উৎলি।

“ ঐ করিমত্তা য়েৎচরোই, ইবুংখোয়না নুংশীবীয়ু। ”

“ ফরে মনুংদা চঙসি। ”

ইমুংদা ফল্লম্বী হনুবী মৈতৈলোল খঙদে। মরম অদুনা বালাগী য়ানশিন্নবা বর্মা-কুকি-মৈতৈ-চিন লোন্দা মখোয় ৱারী শান্নরম্মী। অ ৎবা ৱাহং কয়া য়াওদ্রবসু যূম্নু মতৈ-মনাওনা বালাগী পার্টি করম্বনো হায়বদুদি য়াম্না হংনীংবা উৎলকগ্রে। মদু বালানা খঙঙি, মদুদি, মখোয়গী জাতিগা মরূপ ওইদবা লূপ ওইরমগদ্রা হায়বগী অকিবা লৈরে। বালা ইঙ্গিৎ খরনা মহাকপু চঙজফম পীবা য়াবা মীশক্লি হায়নদি তাকখি।

থোংবা থাকপা, চাবা থকপা পূম্নমক মোম্বত্তী অমসুং উচাল মৈঙাল্দা হোৎনৈ। ইমুংদা নৈশিন্দুনা লৈবা মৈখু খাঙবদা ৱারমসু বালা মপান্দি থোকখিদ্রে। নোংসু লেপ্তুনা চুরিবনি।

অথেংবা অহীং ফাওবা ইমুংগী নুপা রেদিওদা মন্দলেগী প্রোগ্রাম তারম্মী, মদুমক বালাগী পোৎথানবা মচাক অমদি ওইরি। মরমদি মহাক মমীৎ খক উইশিনবা ঙমখিদে ; ইন্দুগী খল্লুরগা কপ্লি, কায়নখ্রবা মরূপশিং নীংশিংলুরগা ৱারি।

নোংঙাল্লমদাইদা বালা মচিন-ময়া শেংদোকপনচিংবা লোইশিল্লে। মহাক মৈ হৌগৎলম্মী। খাউদা য়াওরকপা চা মনা অমসুং কোনা চিনি

লৌখোক্লুনা চাঙাং শেন্নস্মী। য়াহৌরকপা ইমুংগী মীশিংগা চা থকমিন্নবনা নুংশিনবগী মরী অমা শাগৎখি হায়বদা লাল্লোই।

"ইচল, নঙ হৌজিক কদোমদা চৎকদৌরি? নখোয়গী মীশিংদি নক্লা লৈব্রা? ঐখোয়দি হৌজিক থবক শূবা থোকব্রগনি।"

"ইবুং ঐ ঙসিগা লৈজখিগে। চাক থোংবগী থবক্তু ঐ তৌজরমগে।"

"নঙ নুংঙাইরোই, ইচল।"

"অদুম হোৎনজগে।"

"অদুদি ফরে, ইমাগা লৈরস্লো। ঐখোয় লাপ্লা চৎকদবা নত্তে। অসিদনি, ঙরাং কোকথোকপা মফমসিদা নূং-হৱাই থারুগে, খামেনসু য়াওহনগে।"

য়ুম্বু নুপীনা মচাবু অরাম্বা কোকহল্লগা হিপফমদা শুন্নস্মী। মতৈ-মনাও য়োৎপাক পায়দুনা, খাউ অমমম য়াল্লগা চৎপ্রে।

বালানা য়েংবদা চাকখুমদা লৈরিবা পোৎশিংদু মরাং কায়না উদে। চেঙসু মখোয় মরিগীদমক চি-লাউনা কোন্নগদ্রা, মাইরেল অমগা পান খরখক্তনি লৈরিবা। হঙ্গাম থাউ লিক্লিদা য়াওদ্রবগুম্বনি। উতোংদা হেন্তাক্তি খরা য়াওরি। মদুনা এনশাং হাওহনবদি য়ারোই। কোল-লিক মরাং কায়দে। ৱাচেংকী ফক্লাংদা প্লাস্তিক ময়োম খরদি য়াল্লি, মহাক মদু য়েংলুদে। থুম উতোংগা, মোরোক উতোংগদি মনমদগী অদুম খঙগ্রবনি। লপথক্তা লৈবা শাখোঙ অহল্লা মহাকপু খরা হৈনহন্দে। বালা ইহান হানবদা তৌগদবা থবকসি খূৎলাই লোৎপনি হায়বা কাউরমদে। মহাক থবক্তু পাঙথোক্লবা তুংদা সনাবুল অমা পায়দুনা ঈশিং শোকপা চৎলস্মী।

বালানা চাক থোংবা লোইবগা য়ুম্বু মতৈ-মনাও কারক্লে। তরু তরুবা চাকখুম অমা উবদা মখোয় অনী হৱাওখি। চাক চাবা তোকপগা বালানা মখোয়দা নূপা চনী পীরস্মী। মদুনা মথং চরাগীদমক পোৎ চৈ লৈবদা মতেং ওইনবনি। য়ুম্বু নুপাদু য়াম্না ইকাইনা শেল লৌখি।

নুপা অদুনা চেঙ-চাক ৱাল্লুনবা মহাকী নুপীদা ৱারী হৌরক্লে, মহাক

খুদক্তা চৎনবা শেম শারি। বালানা অহেনবা লূপা চামঙাগা পীবদা মহাক য়াম্না হরাউরম্মী।

নুংথিলগী মতম লোইশিল্লক্লে। লোন্নবা কবো খুলদগী পোৎ লৈরুবা নুপা হল্লক্লে, লৌ শূরুবা নুপীসু চঙলক্লে। হৌখিবা অহীংদগী ঙসিনা ইকাই-হঙ্গোইবা খরা মাঙখ্রবদা বালা ব্বারীদসু অপনবা চিংনবা ফনা য়াম্না থাদোক্লে। যূম্বু মতৈ মনাওনা ইমুংদা চাক থোংলিঙৈদা মহাক মপান অকোকপা শুমাঙ মচিদা তাবা উকক অমদা ফমদুনা লৈচিন্না পুনশিনবা অমসুং চাইখাইবা য়েংলম্মী। মহাক ব্বাখলনা লূমথরকখি। মপুক্তা মখূৎনা নাল্লুরগা খঙহৌদনা কপখি। মহাক খাঙফম খঙদবদগী হৌগৎতুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলম্মী। চাক লোইবগী পাউ পীরক্লবদা বালা ইমুংদা চঙলম্মী।

চাবা তোকপগা মহাক মপান অমুক থোরক্লে। উমংনা ইকোয় কোযশিনবনা মীৎয়েংফমসি থা-থব্বাম্নিচাক্তা হেক্তা তাই। অদুগী মথক্তা লৈচিলনা মীৎয়েংফম য়াম্না পিকহনখ্রে। যূম্বু নুপা রেদিও লৈখৎলকই।

বালানা হংঙি, " ইবুং, মৈতৈলোনগী পাউ তাবা ফংব্রা ? "

" ঙম্মী ইচল, ফাবীগে, তারো। "

বালা পূং তরেৎ মখায়গী মণিপুরী পাউ তাবা ইমুংদা চঙলক্লে। ব্বানা ঙাইবা পাউ পারক্লে। মহাক রেদিওগী মখোল হৌহল্লি। য়াম্না পুক্লীং চঙনা তারম্মী। মরু ওইবা পাউশিংগী মরক্তা য়াওরকখি — ' ইন্দিয়ন অর্মীগা ঙমখৈ লমদা খূৎ থোক্লবদা লালহৌবা অনী শিরে। '

শন্দোক্লা হায়রক্লে — ' হৌখিবা তারীখ তরেৎকী নুংথিন্দা নিউ সোমতালদগী চাউরাক্লা কিলোমিটর তরারোম চৎলগা ম্যানমারগা তাইনবা লমদা অর্মীগা লালহৌবশিংগা কন্না নোংমৈ কাপ্নখ্রে। খূৎথোক্লুবা অদুদা লালহৌবা অনী শিখি। মখোয় অনীগী মনুংদা অমদি ব্বান্টৈদ লাউথোকখ্রবা ' ইন্দু ' নি হায়না আর্মীনা শক তাকখ্রে হায়রি।

বালা মকোক উরু উরু লৈরকখি। মহাক ঙাইহাক স্বর হোনখিদে। মতৌ অদুদা যূম্বুশিং থব্বায় ব্বানরম্মী। হনুবীনা মহাক্কী মীহুল য়েংঙি, মশাদা ঈশিং থিক্লুনা নাল্লম্মী। বালা জ্ঞান লাকপগা কপ্লকখি। পাখ্রিবা পাউদু যূম্বুশিং

ময়েক শেংনা খঙনহৌদে। হনুবীনা তাকপদগী মচা মমৌদু বালাগী ফিভম মীরোনবদগী থোকপনি হায়বা খঙখ্রে। মখোয়না মহাকপু হিপফমদা ঙাইহাক্তং হিপ্লবা হায়রম্মী। অদুবু বালা য়াখিদে। মহাক মপান থোরক্লম্মী অদুগা খাম্বা ঙমদনা হিক্লা হিক্লা কপ্লকখি। বালা মশাবু লাকশিনবা ঙমখিদে। লৈমায়দা ফমদুনা অঙাওবীগুম ঙাঙলম্মী।

— ‘নুংশিবা, পাম্মুবা, করিগীনো নঙনা ঐবু অসুম্না থাদোক্লল্লিবা? অসুম্না হুন্দোক্লম্নবা নঙনা ঐবু নতুং ইলহনখি। অকনবা চৈনাসি পীরম্নবা নঙনা ঐবু লোয়নরকই। ঐ খঙডি নঙ শাউখ্রে। নঙনা হায়বা ঐনা ইনখিদে। অদুনা নঙনা ঐবু থাদোক্কুনা চৎখিবনি। হে অথৌবা! ননাউ পাঙ্গল শোনবীদা করি খুদোন্নো পীবীরম্লিবা? নুংশি হৈনা তুংইন্দুনা অব্রা মৈচাকসি কোকচগদবসু খুরৌ অমা থাংবীরম্লে। পাম্মুবা, চান্নবা, হায়যু ননাই অপঙবী ঐনা হৌজিক তৌগদবসি করিনো!’

অথেংবা অহীং ওইরকখ্রে। নোংগী মতুম মতুম্না বালাবু তাইবংদা অমুক হল্লকপদা তেঙবাংলি, মহাক ইমুংদা তপ্না চঙলক্লে।

বালা হিপচবতনি, মীৎতি উৎশিনবা য়াদে। খল্লুবা নীংশিংলুবা পুম্নমক পিগী ঈফুৎ কংদনবা ওইনা থোকই। ব্রাখল চরোংনি। লমদম তাম্না লৈহৌরবী, নাইতোম হুন্দোকপীরম্লবী মমাবুসু তক্তনা কৌদুনা কপ্লীংলক্লি।

ঙাইহাক উইরুবী বালাবু য়ুম্বু নুপীনা হৌদোরকখি। বালানা মমীৎ পাঙথোরকপদা নুংশা মঙাল উরে। মহাক মশম খোৎথরগা তপ্না হৌগৎলম্মী। মহাক্কী লূমথরবা হকচাংদা য়ুম্বু নুপীনা মুন্না য়েংলম্মী।

অয়ূক্তু য়ুম্বু নুপীনা শেম্বা চা থক্কুনা মখোয় শুমাঙদা মেঙলবা নুংশা য়াইদুনা ফম্লম্মী। য়ুম্বু নুপীনা হংলকপা ব্রাহংগী পাউখুম মথং মথং পীরকপদগী বালাদা লৌশিং কয়া চোংশিল্লক্লে। বালানা য়ুম্বু মতৈ মনাওদগী থৌজান অমা নিরকখি। মহাক থা তরুক-তরেৎ লোৎপা পাম্মী। মদুগীদমক পুকচেন শেংনা শীনবীনবা হায়জরম্মী। মীরোৎকী মথক্তা মীরোৎ ওইগদবনি। থবক অদুগীদমক থা খুদিংগী লূপা লীশিং মঙা মঙা লেপ্তনা পীগনি হায়খি। শেল অদু মহাক্কী মপুরোইবনা মঙোন্দা থা হৌগৎলকপগা

শিন্নরগদবনি হায়নসু তাক্লম্মী। অদুগা, মপুরোইববু মখোয়গা উনগে হায়রক্তনবা অচেৎপা ব্রাফম থমখি। য়ূম্বু মতৈ মনাও মুন্না খন্নরবা মতুংদা মখোয়না ফনবা শীনগনি হায়না ব্রাশক্লম্মী। মখোয়গী মায়থোংদা শেলগী মিহৌবদগী মীনুংশিনা হেন্না চাউনা মমি তাই। বালা পেনমনবদগী মখোয়গী য়ূম শাবদা মতোং ওইনবা লূপা লীশীং মণ্ডা য়ূম্বু মতৈ-মনাওদা পীরম্মী।

য়ূম্বুগী মীশিং লৌগী কাচিন অমদা থোইদিং থাফম শেম্লিঙৈদা বালানা মহাক্কী নোংমৈ, মরূ তরানিথোই য়াওবা মেগজিন পোৎচৈ হাপ্লবা খাউ অমসুং গ্রেনেদ অনীবু প্লাস্তিক টেন্টনা চেৎনা য়োমশিল্লগা উমংগী মচি অমদা লৈবাক তৌথোক্লুনা লোৎলম্মী। মদুদা মহাক্কী লাম্মীগী ফিজোলসু য়াওখ্রবনি। মঙোন্দা ইন্দুনা শিন্নরম্বা অচৌবা শেলফম অমসুং সনা হাপ্পা খাউ অদুদি মহাক মশাগা চেকশিন্না লোয়নরি।

মথং নুমিৎতা য়ূম্বু নুপীনা বালাবু শক লোৎনবা কুকি নুপীগী চপ চাবা ফিজেৎ শেৎহনখি। মখোয় ইমুং পূন্না খম্বাৎকা লোন্নবা খুল অমদা চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। লম্বীদা মীনা হংলবদি বালা য়ূম্বু নুপাগী মচলনি হায়না খুমগদবনি, মহাক মখোয়না তাকপা মিং, লৈফমুচিংবা মুন্না খঙজিন্নবা হোৎনখি।

# ৪২

নোংমা শান্তনুনা, কম্পুটরগী পারা অমা, নৌনা লৈরকপা মেচিন পুথোক্লুনা মহাক্কী অঙাংশিংদা তাকপীরম্মী। মখোয় মেচিন অসিগী অঙকপা, তৌবা ঙম্বা থবক পূম্নমক খঙনীং হৈনীংবনা লাংতক্লরে। পারা অদুদা মখোয় অসুক্কী মতিক পূক্লীং চঙখিবনা মপান্দা সিফাই তরা লেপ্লি হায়বা খঙলমদে। সিফাই অমনা কৌরকপদগী শান্তনু তম্বীবা লেপ্পগা মপান থোরকখি। ম্যানমারীজ সিফাই তরা শুমাঙদা লেপ্পুনা লৈরম্লে।

" করি তাকপীগদবনো? " শান্তনুনা হংলম্মী।

" ঐখোয় ব্বারী খরা শান্নবা লাকপনি। " মেজর অমনা খুম্লকখি।

" য়ানি সার, লেঙশিনবীসি। "

অঙাংশিংনা বেরেন্দাদা ফাল অশাংবা অহুম থাররে। শান্তনু মরম য়াম্না খঙনীংনা সিফাইশিংদুগা ফম্মিন্নরম্মী।

" ঐগী হায়নীংবা খরা লৈরে। " মেজরনা হৌদোকই।

" করি মতাংগী ওইরবনো, তাকপীয়ু। " শান্তনু য়াম্না খঙনীংনা য়েংঙি।

ওফিসরগী মায়থোংদু কয়া হরাউনা উদে, হায়রকই, " মমাঙদসু ঐখোয়না নীংশিংজখ্রে, মিষ্টর দলাব। নহাক্কী স্কুল অসি ইন্সর্জেন্ট গ্রুপ অমগা মরী লৈনরে হায়বগী চিংনবা লৈরে। ইন্দিয়ন আর্মীগী মায়কৈদগী রিপোর্ট অসি লাকখিবা কুইরবনি। "

শান্তনুগী থম্মোয় য়ানীংদবনা পিক থল্লী, মহাক মরক থত্তুনা চাওরপ হায়রম্মী, " মদুগী চপ চাবা প্রমাণ ফংবা নুমিৎতা ঐবু দণ্ডি পীবীয়ু। "

" মিষ্টর দলাব চিংনবসি মায়কৈ কয়াদগীনি। অদুগী মথক্তা ঐখোয়না ফাখিবা ইন্দিয়ন য়ু. জি. খরনসু নহাক নোংমৈ থম্মী, নহাক্কী মরী লৈনবশিংগা শরৌ শীন্নরগা মখোয়গী মী হাৎখ্রে হায়না জাবান পীখিবা লৈ। "

" ইস! করিনো তাকপীরিবা ব্বাসিবো! অরানবা চার্জদু ঐ খাঙবা ব্বাজে। ওস্থোকপনি! ময়াম্না ঐবু অদুম্না চিংনবীরবা! "

শান্তনুগী মায়থোং মকশিনখ্রে।

ওফিসর মখা তারকখি, " অরানবা পাউদা য়ুম্ফম ওইরগা অসুম্না অকনবা ব্বাহং-পাউহং চৎথদুনা নহাকপু নুংঙাইহন্দবা ঐখোয় পামদে। মীয়াম্না নহাকপু অফবা মীনি হায়খ্রে। নহাকপু খুঞ্জাশিংনা নুংশি, ইকাই খুম্নে। মদুগী ইজ্জৎ অমা য়েংদুনা ঐখোয়না ব্বার্নিং পীরি। করিগুম্বা অ়রানবা সঙ্গ তৌরুবা লৈরবসু থাদোকখ্রো। মদুদা ঐখোয়না নহাকপু চপ চানা তেঙবাংগনি। শম্না হায়রবদা মায়কৈ অহুমদগীনি হৌজিক নঙোন্দা য়েংশিল্লক্লিবসি। ঐখোয় কান্নদবা ব্বা ঙাঙবা পামদে। "

সিফাইশিংদু চা থকখিসি হায়বা য়াদনা চৎখ্রে। শান্তনু থম্মোয়নুংদা প্রোক প্রোক চাকই। মহাক্না য়াম্না ব্বানা তাঞ্জখিবা খুঞ্জা মীয়ামগী থাজবা অমসুং মশাগী শান্তিদা মৈব্বায়রক্লে। ইন্দু অমসুং বালানা মহাকপু উনবা লাকপদগী চিংনবা অসি থোরক্লিবনি হায়বসি খন্দবা ঙমদে। অদুবু মহাক মখোয় অনীদা করম্না মরাল শীরুগনি, মখোয়সু মহাকপু নুংশিবগী থৌরীনা পুল্লিবনি। মহাক-মশা করিমত্তা লানখিদে হায়বা খোঙফমদা চেৎনা লেপ্লগা ওলাং-ওনশাওবা ফাথনবা হোৎনরম্মী।

শান্তনু নুংথিল চুপ্পা ইহৈ হৈনীংদে। নুমিৎ চাইথরক্লবা মতমদা মহাক উরুমদা থাবা ফান্দা ফমদুনা বাইবল অমা ফাক্তুনা অখন্নবা বর্জ খরা পারম্মী, গীতাগী শ্লোক খরসু থীরম্মী। অহৌবদগী হৌনা শান্তনুনা ব্বাবগী মরম খঙখ্রবা অঙাং উ-থান য়াম্না কপ্লীংখি। মাগী মতৌ অদুমক হুসেন্দসু

ফাওরিবনি। মমৈথংদা মখোয় অনী ৱাতান্নরগা বাবাগী মাঙদা লেপ্লরে। মখোয় মীৎতা ঈরা চেন্দুনা ঙাকপীয়ু হায়জবগুম য়েংলকখি, ৱাদি ঙাঙদে। শান্তনু মখোয় অনীগী মওং উরে।

শান্তনুনা হংঙি, " নবানি করি হায়নীংবা লৈবগে? "

" ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু, বাবা। " উ-থান কপ্লকখি।

" করি তৌরবগে, শেংনা হায়য়ু। "

হুসেনসু কপ্পা য়াওরক্লে, " ঐবু আলানা কনবীররোই। "

শান্তনু হেন্না হেন্না ঙক্লম্মী।

" বাবা, ঐনা নোংমৈ অনী লোৎতুনা থম্লি। মদু শিজিন্নদুনা হুসেন ঐখোয় অনীনা নোংমা বাবাবু ফাবা লাকপা ফত্তবা নুপাবু কিহনখি। অদুগী তুংদা ইমা ইপা হাৎখিবা লালহৌবা সিফাই অমসুং মাগী মপাং অমসু হুসেন ইবানিনা হাৎখ্রে। বর্মা সিফাইশিংনা বাবাবু চিংনবা ঐনা থোকহনবনি। " অশেংবা ৱা তম্বদা উ-থান মশা থক থক নিক্লম্মী।

হুসেন পাংশিল্লকখি, " মানি ঐখোয় লমহেনবা অঙাংনি। "

শান্তনুনা অঙাং অনীগী মিপাই-থবাইবা মতৌ নমথরগা মরীক চুম্বা ৱারী লীহল্লম্মী।

উ-থান্না তম্মী, " ইমা-ইপা হাৎপদা য়াওবা নুপাদু ঐ মশক মুন্না খঙহৌই। মতাং অমদা মানা ঐবু নুংশিবীবা শাদুনা পোরগা পুরকখি; অদুগা ঐবু চিঠি অমগা লোয়ননা বাবাগী নাক্তা থারকখি। নুমিৎ অদুদগী নুপাদু শোয়দনা বাবাগা শকখঙনবা মীশক ওইরমগনি হায়না ঐনা খনখি। অদুগা নুপাদু মফম অসিদা নোংমদি লাকখিগনি হায়নসু থাজখি। মরম অদুনা ঐ বাবাগী নাকসিদগী অতোপ্পা মফম অমদা খক চৎনীংখিদে। মঙোন্দা লমন খুমগে হায়না লেপথ্রবনি।

ইশাগী পালি য়াবদা ঐ মরুপ অনীগা নোংমা উমংদা শীং চনবা চৎলম্মী। ঐখোয় অহুম অকংবা শীং থিবদা অশোঙবা নারক, লোক-তাই কোয়চৎ চৎলম্মী। তুংদা ঐখোয় অহুম অমনা অমদগী অসুম অসুম লাপথোক্লখিবনা শক উনখিদ্রে। য়াম্না শোঙবা নারক্তা তুদুনা লৈবা সিফাইগী

ফিজেৎ শেৎপা নুপা অমগী মনাক্তা নোংমৈ অনী লৈবা ঐনা উরম্মী। সিফাই অদুগী মওংদু অথাপ্পা মফমদগী শোক্তুনা লাক্লগা মফম অদু য়ৌরকপদা ফিভম ফংখিদবা মাল্লি। নোংমৈ অমনা মশাগী খূৎলাই ওইরবসু অতোপ্পা অমদুনা মথ্বায় থাখ্রবা মরূপ অমদগী পুরক্লিব্রা, নত্ত্রগা য়েক্লবদগী লৌরকখিব্রা? অরোইবা স্বর হোল্লবা সিফাইদুগীদমক ঐ নুংশিবা পোক্তে। ঐখোয়গী ইমুংবু সরকারগী সিফাইশিংনা হাৎনবা কোইতান তান্নখি। থব্বায় কন্নবা ব্বানা লোৎচখিবা ইমা-ইপাবু লালহৌবশিংনা হাৎতোকপীখি, ঐশাবুনা লমজা ওইহল্লি। সিফাই ফিজেৎ হেক উবগা ঐ লম্মন খুম্নীংবগী ব্বাখলনা লৈফম খণ্ডদে। অদুগী মথক্তা ঐবু পুরকপা নুপাদুনা নোংমৈ ময়াম পুরগা চৎখিবনা তারিবা নুপাদু শোয়দনা মখোয়গী কাণ্ডবু ওইরমগনি হায়না ঐ খনখি। নোংমৈ অনীদুগী মরূনা ইমা-ইপা অনীবু অবোইবা য়াহিপ তালহনখ্রিবনি খল্লুরগা ঐ থক থক নিক্লা শাউগৎলকখি। ঐ শিরবা নুপা অদুদগী নোংমৈ অনীদু লৌরগা খূৎ য়েৎ-ওয়না অমমম পায়দুনা, মরূপ অনীদগী নাথৈদুনা, ঐখোয়গী স্কুলগী শম্বল নকশিন্নবা চেল্লকখি। ঐহাক কিলোমিটর মখায় অমরোম চেল্লক্লে। ঐখোয়গী শম্বল নকশিল্লক্লবদা ইরক্তা চণ্ডুনা নোংমৈদু শিজিন্নবগী মওং য়েংলম্মী। ঐ হরাউবনা ইপা পাখৎলি। শেংনা ঈশ্বরনা পীরকপা খুদোলনি খল্লি। নোংমৈ অনীদু অকংবা ইনা ফজনা য়োমশিল্লগা ঐনা চেকশিন্না লোৎতুনা থল্লম্মী। ঐ অমুক মরূপশিংগী শীং চনফমদা য়াম্না থুনা চেল্লক্লে। নুমিৎতু পাখৎপগা লোয়ননা ঐ অচৌবা শীংকক অমনা পোৎ শেন্নগা মরূপশিংগা য়ূমদা হল্লকখি। ঐখোয়বু বাবানা তুরেল মপান্দা ওক্লম্মী।

ঐনা শীং চনবা চৎপা খুদিং নোংমৈদু পায়দুনা শান্নে। তুংদা ঐনা হুসেনবুসু নোংমৈদু উহনখি, কনাদসু হায়দোক্তনবা মেল্লম্মী। মানা কন্না হায়বদগী ঐ মঙোন্দা নোংমৈ করম্না কাপকনি হায়বদু তম্বীখি। ঐখোয় অনী নোংমৈশিংদু কাপ্পীংবনা ঙাওখি।

✗ বাবাবু ফাবা ল্লাকপা ফত্তবা নুপাদুবু কিহন্নবা নোংমৈ কাপখিবদু ঐখোয় অনীনি। ঐখোয় খোঞ্জেল ওল্লগা লাউখি। মহাকপু হাত্তোকপা য়ারবনি অদুবু বাবা শোক্তদ্রা কিবদগী ঐখোয় নোংথক্তা কাপখিবনি। থবক

অদু লোইবগা ঐখোয় নোংমৈ অনীদু হান্নগী লোৎফমদা অদুম অমুক চেকশিন্না থমখি।

নোংমা হুসেন ঐখোয় অনীনা শীং চল্লিঙৈদা ইমা ইপা হাৎখিবা পাপী মীফত্তদু নুপা অমগা লোয়ননা ঐখোয়গী স্কুল্লোমদা লাকপা উখি। মখোয় বাবাবু ফাবা লাকপা শোয়দনা ওইরমগনি। লমন খুম্বগী তাঞ্জা মাঙহনবা য়াদ্রে খন্দুনা ঐ হুসেন হৌরগা অশম্বা লম্বীদা লোন্না চেল্লকখি। ঐখোয় অনী নোংমৈ অমমম পায়দুনা মফম চানা লুম্নম্মী। মীকুপ খরগী তুংদা নুপা অনীদু অহাঙবা মফমদা, ঐখোয়গা য়াম্না নকশিন্না চঙশিল্লক্লে। মখোয়বু হুসেন ঐখোয় অনীনা নোংমৈ মরূ অনী-অনীনা হাৎখি। মতমদুদা ঐখোয়না য়াম্না ঙকখিবদি, তাইনবা লমদা অকনবা লাল অমা তৌনখিবদুনি। ঐখোয় পন্থবা তৌদনা নোংমৈ লোৎলম্লগা চেল্লকখি। হৌজিকসু নোংমৈশিংদু মরূ নিপান নিপানগা লোত্তুনা থল্লি। ”

তুংদসু লমহেনবা মী লাক্লবদি লাল তৌনগনি হায়বগুম অঙাং অনী শান্তনুদা য়েংলম্মী।

“ ও! ” শান্তনু কন্না লাউখি, মহাক ইপঙ পঙশিনখ্রবগুম মখাদি তাখিদ্রে।

অঙাং অনীগী মথোং হুক্তবা, লমহেনবা থবকপু নিন্দা তৌফম খঙদনা মশাগী লাইবক্তা তাইনরকখি। মরাল লৈজদবা, মখোয়বু কনবীনবা হোৎনবদা খুদোংথীবা মায়োক্লখিবা মীশকপু হঞ্জিন্দুনা য়েক্লবা ওইনা খন্দুনা হাৎপিখ্রবা! মসিদগী থোরকপা ফলনা মহাক্কী নুংশিজরবা মচাশিংদা করি ওইরক্কদৌরি খল্লুবদা মহাক য়াম্না ৱাখি।

কপ্লীং কপ্লীং লেপ্তুনা য়েংলিবা অঙাং অনীবু শান্তনুনা থবক তৌরুনবা চৎহনখ্রে। মহাক্কী অৱাবা অসুম অসুম হেনগৎলকখি। মখোযবু থৌনা ফৈ হায়সিরা, নত্ত্রগা লমহেনবনি লৌসিরা? লমন খুম্বগী ৱাখলসি পিক্লিবা অঙাং ফাওবদা চেল্লি। ৱাখল অসিনা লালগী মৈ চূরি। তাইবংদা মীৎনা উবা মঙগী থৌদোকসু থোকই। শান্তনু থম্মোয়দা খুদুম্না শুরকখি—

‘ ঐ খঙঙি, ইন্দুনা মহাক্কী অরোইবা মীকুপ ফাওবদা ঐগীদমক য়াইফনবা

খনখি। মশাগী কান্নবা য়েংদুনা ঐবু মফম অসিদগী পুথোকখিনবা হোৎনবা নত্তে। মহাক্কী অরোইবা নুমিৎতা ঐবু উনবা লাকখিবদুসু কনাগুম্বা মীশক অমবু তেঙবাংনীংবগী শোয়দনা ওইরমগনি। ঐগী অঙাংশিংনা তৌখ্রিবা থবক অসিগীদমক ঐ প্রায়শ্চিৎ তৌফম থোকই। থৌদোক অসিগী দায়িত্ব কনাগীনো হায়বা ব্রাফম বালানা নৈনরমগনি। মীয়ামগী অফবা থবক কয়া তৌজনীংবা, মথৌনা-মরীল লৈবা ইনাও অমগী থব্রায় মাঙহনবীগ্রবনিকো, হে ঈশ্বর! ’

শান্তনু মাঙগী ব্রা নীংশিংলক্লি — নোংমা চীংমী লালহৌলূপ অমগী মীশিংনা মফমসিদা মখোয়গী মাঙখিবা খূৎলাই থিবা লাক্লম্মী, নোংমৈ অনীনি হায়রম্মী। উ-থান অমসুং হুসেন্না হৌজিক লোৎলিবসি মখোয়না থিরম্বা নোংমৈ অনীদু ওইরম্বা তারে। হৌজিক মখোয়দা হন্দোকখিবা ফৈ হায়রবসু করম্মা থিরুগনি, কনাদা পাউ পীখিগনি। লুরিবদি, ব্রাথোক চাউথোরক্লুনা য়াওল্লোই অনী মাঙহনখিবা অঙাং অনী পার্টিগী খূৎতা শিন্নৌ হায়রক্লবদি করি থোক্কনি? অদুগা মরূপ ওইবা ব্রাখন্দা চেকশিন ব্রা হায়রম্বা ম্যানমারগী সিফাইশিংদা তাকথোক্কনা অসুম নমশিন্দুনা, অঙাং অনীগী থবকপু খঙশিন উশিন্নদনা, মতম কুইনা লৈবসু অফবা ওইরোই। হায়জবদা তাবীরোইদবা, ঙাকপীফম থোক্ক্রে লৌরগদবা অচৌবা মরাল অমা মায়কৈ কয়াদগী শীরক্কদৌরি।

শান্তনু তরেৎ তরা খন্দুনা লাকখি। থাখায় অমগী তুংদা, মহাক হোংলক্লিবা লমদম অদুগী ফিভম য়েংলগা ব্রারেপ লৌদবা য়ারক্রে। মহাক্কী য়ূম অমসুং স্কুলগা নক্লবা বোর্দর লমদমদা লৈবাক অনীমক্কী সিফাইশিংগী মশীং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি। মহাক মখোয়গা তোয়না উনগদৌরি। মরম অদুনা শান্তনু তুইসাদা মতম খরগী লৈরিবা ম্যানমার সিফাই কেম্পকী কমাণ্ডরদা চিঠি অমা থাখি। মহাক্না হায়জনীংবা ব্রাফম খরা লৈরে, অমুক্তং কোয়থোকপীরক্লবা মরোল খরা ইখিবনি।

শান্তনুনা পীখিবা চিঠিগী পাউখুম ওইনা নোংমা সিফাই খরা লাক্লুনা চে অমা পীরে।

মরোম্দি — ' ঙমখৈ লমদা নক্লা লৈরিবা ইন্দিয়ন আর্মীগী কম্মাণ্ডরশিংদা লোয়ননা ঐখোয় রুটিন মিটিং অমা য়াম্না থুনা পাঙথোক্কদবা লৈরে। মিটিং অদু নহাক্কী স্কুল অসিদা পাঙথোক্লবা লেপ্পখ্রে। মদুদা নহাক্লা য়াবীবগা লোয়ননা হায়বী-ঙাঙবীনীংবা কয়া ফোঙদোকপগী তাঞ্জা লৌবীরো। '

শান্তনু ম্যানমার সিফাই কমাণ্ডরগী ৰাদু য়াখ্রে।

মরকসিদা নোংমা শান্তনু উ-থান অমসুং হুসেন পুরগা ইন্দু অমসুং মহাক্কী মরূপ্না অরোইবা য়াহিপ তানখিবা মফমদুবু তাকহনখি। লৈমায়দা চুখিবা ঈ কোক্লমদ্রি। শান্তনুনা ঈ তৈরবা লৈবাকশিংদু কোৎথোক্কুনা ফিনা য়োন্নগা পুরকখি। অথৌবা অনীগী হকচাংবুদি ইন্দিয়ন সিফাইশিংনা লৌখৎখ্রবনি, করি তৌরমগনি হায়বদি ঙমদ্রে। মরম অদুনা শান্তনুনা তুরেল খোঙনুংদা শীং মপৈ অমা মৈ থাগৎলম্মী। ঈ তৈরবা লৈবাকশিং অদুবু মহাক্লা মৈনুংদা লংশিল্লম্মী। তুরেন্দা কূমদুনা মশা শেংদোকখি। মদুগী তুংদা, শান্তনু লারাক মরি-মঙা য়াল্লুরগা লাকোই, লাখাং চপ্তুনা, দোনা শাদুনা, অঙাংশিংবু ফজনা তৈথোকহল্লবা মহাক্কী শুমাঙদা, মৈতৈ অরাঙফম্না তৌনবা থবকশিংদু নীংশিংদুনা হৈ-লৈগী তাঞ্জাশিং মফম চানা শীন্দোক্লম্মী। মহাক্কী থবক্তু অঙাংশিং কোয়না লেপ্তুনা য়েংলম্মী। শান্তনু মোম্বত্তী অহুম চুখৎলি। ধুপ থাগৎলি। খুকউ -খুদক কুন্দুনা হরে কৃষ্ণ হরে রাম, রাম রাম হরে হরে ... ... হায়বা সোলহ নাম মচীন্দা শোনবগা লোয়ননা মসিমসু মমীৎতগী মপি তানা থম্মোয়নুংদা হায়জরম্মী — ' হে জগৎকী মপা ইবুংঙো প্রভু! ননাই তোল্লবা ঐদি শ্রাদ্ধগী চৎনলোন অমত্তা খঙজবা নত্তে। ইন্দু অমসুং মহাক্কী মরূপ অদুগী আত্মা নঙগী খুয়াখাদা লৌশিনবীনবা, অরোইবা লৈতবা শান্তি অদু পীবীনবা হায়জরি। '

শান্তনু লৈমায়থক্তা ওন্দুনা কন্না কপ্লম্মী। অঙাংশিংসু কপ্লকখি।

ওক্তোবরগী থায়ায়দনি। শান্তনুগী য়ূম অমসুং স্কুলগী অকোয়বদা মখল-মচু কয়াগী সনারৈনা পূমঙান ঙাল্লম্মী। নুংশাগী মৈশা নেমথরক্লে। উরুমদা থাবা চৌকীদা শান্তনু লৈবাক অনীগী ওফিসর অনীগা লোয়ননা ফল্লম্মী। গার্দশিং লাপ্তুক হন্দোক্কুনা লেপ্পরি। ওফিসর অনীগী মফমদা

শান্তনুনা মাঙদা থোকখিবা থৌদোকশিং হায়বদি অঙাং অনীনা নোংমৈ লোত্তুনা থম্বা অমসুং মদু কাপ্তুনা শান্নখিবগী ঝারী মরীক চুম্না তমখি। থৌদোকশিং অদুদা মহাক করিমত্তা খঙখিদে হায়বসি ওফিসরশিং অদুদা পুকচেল শেংনা লীখি। মহাক্কী পিক্লিবা অঙাং অনীনা তৌখিবা অরানবা থবকশিং অদু ঙাকশীনবসু মহাক কন্না হায়জরম্মী।

তুংদা ওফিসর অনীনা সিফাইশিং কৌশিল্লম্মী। উ-থান অমসুং হুসেন পুদুনা উমংদগী নোংমৈ লৌরুনবা মখোয়বু থাখ্রে।

পূংখায় অমগী তুংদা নোংমৈ পুরক্লে। অনীমক বি. এন. ৯৪ অবাকান এটোমেতিক রাইফল ঙাক্তনি। হৌজিক নোংমৈ অনী অসি কনানা লৌশিনগনি হায়বা ঝাফমদা ওৎফিসর অনী ঙাইহাক য়েংনৈ। মমৈথংদা নোংমৈ ফংলিবা মফমসিদা য়ূম্ফম ওইরগা ম্যানমারীজ ওফিসরনা লৌফম থোকই হায়বদু য়ানখ্রে। অদুগা লোয়ননা শান্তনুগী মথক্তা, নত্ত্রগা অঙাংশিংদা, নাকল অনীমক্না কেশ অমত্তা পায়খৎতবা হায়বসিসু লেপ্পখি। তৌবতবু ইন্দিয়ন আর্মী কম্যান্দেন্টনা ঝাফম অমদি থমখি — ইন্দু অমসুং মহাক্কী মরূপকী অশিবা হকচাং পোষ্ট মোর্তেম তৌবা মতমদা ফংখিবা নোংমৈ মরূশিং অদু ইন্দিয়ন সিফাইশিংনা কাপখিবা নত্তে, মখোয়গী নোংমৈনা অদুগুম্বা মরূ কাপ্তে, হায়বদি ইন্দিয়াদা শাবা নত্তে। মদুনা সিফাই অমসুং পুলিসশিংবু চমম্নহনখি। অঙকপসি হৌজিক ফংলিবা রাইফল অনীনা কোকহল্লবনি। মসিগী অশেংবা রিপোর্ট অমা মোরেগী সি. দি. পি. ও. দা পীখিদবা য়াদ্রে।

শান্তনুগী মকোক শাবা কোকখ্রে। নীংঙমদবা চৈনা কয়া ফাওরবসু খর-মখৈদি ঈংথনা থবক তৌরে।

নোংমা নুংথিল অমদা মরোল কয়া থারম্বা লৈচিল হাইদোকখিবগা, হেলিকোপ্তর অনী নিউ সোমতাল লমদমদা তাখিবা শান্তনুনা উই। ম্যানমার অমসুং ইন্দিয়াগী অচৌবা ওফিসর খরা লালহৌবা থেংনবগী লাল্লোং অমদি লাংদাই শম্বল খাবগী ঝাফম খন্নগদৌরিবনি হায়বা তম্নরক্লে। বোর্দর পিল্লর ৬৬ নক্লা লম্পাক অমদা মখোয়বু ম্যানমারীজ সিফাইশিংনা ওক্লুনা মিটিং

পাঙথোক্কদৌরি মরম অদুনা অকোয়বা লমদমদা মায়কৈ অনীমক্কী সিফাই ময়াম অমা চাইখায়দনা লৈনম্রে।

পূং অনী তাবা মতমদা ম্যানমার হায়রেদা ইন্দিয়ান ওফিসরশিং জীপ্তা পুরক্লম্মী। মখোয়দু লাক্লিঙৈ মাঙওইননা মণিপুর পুলিসকী মীওইশিংনি হায়বা খাকী য়ুনিফোর্ম শেৎপা সিফাই তরামুক শান্তনুগী স্কুল নক্লা লাক্লম্লে। মদু চেকশিন থৌরাংগীদমক ওইরম্বা য়াই। অদুবু, শান্তনু কয়া নুংঙাইজদে, মহাকপু চিংনবা কোক্রিমাল্লে খল্লম্মী।

পূং মরি তাবা মতমদা ময়াম কায়নবগী গাড়ী থৌদোক্লরকপা মখোল তারে। লোক-তাই, নারক-উমংদা লৈরম্বা সিফাইশিং মথং মথং থোক্লরক্লে। মিনিট কুনগী তুংদা ইন্দিয়ান এয়রফোর্সকী চেতক হেলিকোপ্তর অনীদু পাইম্রে।

হাপ্তা অমগী তুংদা এম. এস. কমাণ্ডরগী খূৎথাঙদা মোরে পি. এস. তগী শান্তনুদা চে অমা থুংলখি। নুমিৎ তরানিগী মনুংদা মোরে পি. এস.তা শান্তনু মশা লাক্লুনা নোংমৈ লোৎলম্বা অমসুং অঙাং অনীদা নোংমৈ কাপহনবগী মরীদা খারোল খরা হায়রনবা কৌরকখিবনি।

শান্তনু চে অদু লোয়নদুনা এম. এস. কমাণ্ডর উনরম্মী। মহাক্কী ইকাই নুংশি য়াম্নরবা, ঙাংলবা মায়থোং উবদা কমাণ্ডর নুংঙাইতে। মহাক খুদক্তা ইন্দিয়ান কেম্পতা চংখি। মহাক শাউম্রে, শোয়দনা খংনরুগদবা মাল্লি। মখোয়না শান্তনুগী মফমদা করি খাশক থমখি, অদুক থুনা কাউম্রিবা করিগীনো? চমজরবা মীশক অমদা করিগীদমক নমথাক তৌবীরিবনো হায়বসিদা মহাক কম্না য়ানীংখিদ্রে। ফিভম অমত্তদা ইন্দিয়ন পুলিস নত্তুগা সিফাইনা শান্তনুবু কৌখৎপা য়ারোই হায়বসি মহাক্কি ফিরেপ লৈখি।

শান্তনু ময়ুমদা হল্লক্লে। নুমিদাংখাইরমদা এম. এস. সিফাই খরা লাক্লুনা চিঠি অমা শান্তনুদা পীরখি। শান্তনুনা পাদুনা য়েংঙি—'চনীং তানা, নুংশা থিবা য়াওদনা থবক তৌবীয়ু। করিগুম্বা মখোয়না নম-হাদুনা কা-পূম্নবা থবক চংথরক্লবদি, মদুগী দায়িত্ব পূম্নমক ঐ ইশামক্লা লৌগনি।'

শান্তনু কমাণ্ডরগী ফিরেম্নু থাগৎলবসু পুক্নীং নুংঙাইবদি ওইরমদে।

মঙোন্দা করিগী মরাল শীফম থোকপগে। মরম লৈতনা করিগী মহাকপু মীনা ঙাকপী শেনবীগদৌরিবা? করম্বা লৈবাক্কী, করি আইন্না মঙোন্দা দণ্ডি পীগদৌরিবনো? মহাক্কী মথক্তা বিচার তৌদবা য়ারোই অসিরা? য়েখাই থিনগাই, কল্লক-য়েংথি য়াওদনা, মতম লৈবা খিবিক্তা অতোপ্পশিংগী সেবাগীদমক্তা পাঙ্গল ফুদোক্তুনা তাঞ্জরকখিবা পান্দম অদু মখূৎ চল্লে খন্না হৱাউজরুবা শান্তনু ঙসি থাম্মোয়নুংদা ওলাং-ওনশাউবা অমা ফাওরক্লি।

উ-থান অমসুং হুসেন অঙাং অনী মখোয়গী থবক্লা বাবাবু য়াম্না নুংঙাইহন্দ্রে খল্লুবদা খমথেংনা ৱারম্মী। মখোয় অনী হান্নদগী মরম ওকপা য়াম্না হেনগৎখ্রে।

শান্তনু অঙাংশিংগা লোয়ননা মথং চহীদা মরাং কায়না চাবা কোন্ননবা, হন্দক মরক্তি, নিংথম মহে-মরোং মখল-মখল থাবগী থবক্তা পুক্লীং চঙলম্মী। অঙাং কুন অমসুং ওজা অনীগী লৈফম শঙসু শাদবা য়ারোইদৌরি। থৌরাঙ অদুগীদমক লোন্নবা খুল কয়ানা তেঙবাংবীরক্কনি হায়বগী পাউদি লৈরে। মহাক্কী মচাশিংগী মরক্তা অমনা তরেৎশুবা, তরানা মঙাশুবা, অমনা অহানবদা তমগদৌরি। মখোয়গী তম্নবা টেক্স-বুক লাইরিকশিং থিবদা মহাক তুমু অমসুং মোরেদা খৃষ্টমাস মতমদা চৎলুগে খল্লম্মী।

নোংমা শান্তনু অঙাংশিংগী অইবা চাংয়েং পরীক্ষা অমা পাঙথোক্লম্মী। খরা লাপ্তক জীপ গাড়ী অমা চৎপগী খোঞ্জেল তাখি। ঙাইহাক্কী তুংদা মণিপুর পুলিসকী ওফিসর অমগা সিফাই তরেৎকা মহাক্কী স্কুলদা থুংলরে, মখোঙনা লাকপনি। পুলিসশিংদু খূৎলাই পায়। ওফিসরদু শান্তনুদা ফল্লপ য়েংলগা চঙশিল্লকখি। শান্তনু কাদগী মপান থোক্তুনা মখোয়বু ওকলম্মী।

ওফিসর অদুনা মশাবু শক তাক্তুনা হায়, " ঐ মোরেগী এস. দি. পি. ওনি। সোম্বু দলাব হায়বদু ওইবীরব্রা? "

" হোয়, তাকপীয়ু। "

অঙাংশিংনা শুমাঙদা চৌকী খরা পুথোরক্তুনা থাররে। মখোয়

কা মনুংদা অমুক চঙখি। ওফিসরগা শান্তনুগা মায়োক্লনা ফন্নম্মী।

" ঐ ৱাফম খরা খঙজনীংবদগী লাকচবনি, অশেংবা হায়বীদুনা তেঙবাংবীগনি খঞ্জে। সোম্বু ওজা কৌজগে। " এস. দি. পি. ও.দু মরূপ ওইবগী মীৎয়েংদা হৌরকখি, " ওজাগী অঙাং অনীনা নোংমৈ লোৎলম্বা অমসুং মী অনী হাৎখিবগী কেশ অমা ঐগী খূৎতা লৈ। মথক্লোমদগী থাদরকপনি। থৌদোকসি ম্যানমার মনুংদা থোকখ্রবসু শিখিবা মী অনীদু মণিপুরদগীনি, লালহৌবশিংনি। মরম অদুনা কেশ অসিগী রিপোর্ট খরা থাগৎখিদবা য়াদ্রে। ম্যানমার ওথোরিতিদগী অয়াবা মথক্লোমদগী মাঙজৌননা লৌনখিবদগী ঐ অপনবা লৈতনা তুমুরোমদগী লাকচবনি। ঐঙোন্দা চিংনবা নত্রগা হঙ্গোইবা থন্বীগনু। "

" ঐ সাহেবকা উনজবা য়াম্না নুংঙাইজে, তাকপীয়ু।

" ওথোরিটিগী পাউতাক্তি ওজাবু উনবা মফমদগী ফারগা পুরকউ হায়বনি। ঐ মদুমক্তি তৌজরোই। ঐনা হায়জবা ৱাফম অসিমত্তংদি য়াবীয়ু। হৌজিকমক্কী ৱা নত্তে, তাঞ্জা চাবা নুমিৎ অমা য়েংবীবা য়াগনি। ঐগী ওফিসতা কেশ অসিগা মরী লৈনবা ৱারোল অমত্তং পীবীরগা, মদুগী তুংদা মেজিস্ট্রেৎ অমগী কোর্ত্তা চৎলগা কেশসি লোইশিল্লুসি। মদুনা ফগনি। নত্রবদি, ওজা মীচেন তাদুনা মরাল লৈরবা মী অমা ওইনা লৌনখিবসু য়াই। ওথোরিটিদগী অয়াবা লৌখ্রবনিনা ওজা ম্যানমারগী মী ওইরবসু ওজাগী মথক্তা ভারতকী কোর্ত অমনা বিচার চৎথবা য়াই। মসি আইনগী ৱানী। ৱারৌবীগনু। "

" করিগী ৱারৌগদগে, সাহেব। ঐনা খঙজনীংবদি, অতোপ্পা থৌদোক্কী কেশকাসু য়াওরিব্রা হায়বসিনি। "

" অতৈদি খঙজদে, করম্বা কেশকী ৱানো? "

" মরম ইরৈ লৈতবগুম তৌবা থৌদোক অমনা ঐঙোন্দা থাংলরিবা খুরৌ অসি খল্লুরগা হায়জবনি। "

" ফরে ওজা, মুন্না খনবীয়ু। অঙাং অনীদু হৌজিকমক ঐনা ফারগা পুখিবা য়ারবনি। "

" সাহেব, মখোয়গী মহৎতা ঐ লাকচরগে। "

" অঙাং অনীদুবু ওজাগী ইচারা? "

" নত্তে, ঐগী ইচা নত্তে। অদুবু, মরাইবক থীরবা অঙাংশিং অদুগী মমা-মাপা ঐনা ওইখ্রে। "

" লৈরিবা অঙাংশিংসিগী মরক্তা ওজাগী ইচাদি য়াওরিব্রা? "

" য়াওদে, সাহেব। " শান্তনু নোক্লম্মী, মখা তাই, " ঐ লুহোংজদ্রি। "

" সোরি, ব্বারৌবীগনু। "

" করিসু কায়দে, সাহেব। "

পুলিসশিং অদু অঙাংশিংনা পুথোরকপা চা থক্লম্মী। মখোয় য়াম্না পুক্নীং পেন্না উই, অবাৎপা লৈত্রবগুম হনখ্রে।

শান্তনু মথন্তা তুমিন ফমহৌই। অঙাংশিং পুলিস লাক্লম্বগী মরম খঙনীংলবসু হংবদি ঙম্মদে। উ-থান অমসুং হুসেনগী মথ্বায় ব্বাবা য়েংলগা মহাক চিন্তা থাদোকপা তাবনি। অঙাংশিংবু কা মনুংদা ফমহন্দুনা মখোয়গী থবক মখা চৎথহল্লি। তুম্লুবদগী হৌগৎলকপা মচা তোম্বা নিংথেম মথন্তা মনাক্তা লাকপদা শান্তনুগী পাঙ্গল অমসুং থৌনা শরুক অনীদা হেন্নংখ্রে।

# ৪৩

শেলনা মীওইবগী থবায় কল্লি হায়নবদা অচুম্বা য়াম্না লৈ। শেলনা থোং শারগা মরী মতা শেম্বা লায়। ম্যানমারগী কেনন খুন্দা বালা শেলগী মতেংনা অশোয় অঙাম য়াওদনা লৈরকপা থা তরেৎ মপূং ফারে। জৌনা খরা হেন্তক তাবা খুল অসিগী ফিজেৎ-চাকচা, লোনচৎ-শাজৎ মহাক ফনা নিংথিনা খঙলে। মিজোরাম অমসুং চুড়াচান্দপুর জিলাদগী লল্লোন-ইতিক্কীদমক লাকখিবা মীশিংনা পুরকপা পাউদগী মণিপুরগী থৌদোক বাথোক খরা খরা বালানা তাবা ফংখি। মদুনা মঙোন্দা হিংনীংহনবগী লম্বী অমা পীরি। মহাক লূপকীদমক অমদি লমদম তামখ্রবী মমাগীদমক হিংলিবনি হায়বা খক কাউদে, থৌনাসু মাঙদে। মহাকপু মীরোৎকী মথক্তা মীরোৎ ওইনা মায় পাক্লা লৈহনবীবগীদমক ঈশ্বরবু তত্তনা থাগৎলম্মী। অরোন-অথুপ মপান থোকখিদনবা হোৎনবদা ডাক্তর-মাইবী নীংশিংলুদনা, যূম্বু নুপীনা মায়োক্লবী ওইরগা চাবোকশঙদা শোক্লখিবা লানফমদা বালানা পলেম মমাবু কৌখি, ইন্দুবু তোয়না শোল্লম্মী। মখোয় অনীমক্কী খোঞ্জেল তারক্লবদা মহাক ঈশ্বরবু কৌদুনা কপখি। হৌজিক মতম্পাক্তা পল্লিবা, খোল্লাং থক্লিবা, থা অহুমগী মপারীগী নুংশিবা চেংলৌ তোয়না য়েংনীংবা হেনগৎলক্লি। করম্বা সংসারগী অকনবা থৌরীনো, মখোঙ-মখূৎ ক্রক-ক্রক লাকশিল্লক্লিবসি, মহাক মচাবু মীকুপ ফানা থাদোকপা ঙমগদবা মানশিল্লক্লে।

হায়নখিবা থাশীং য়ৌরক্লবনি। মহাক্কী চঙজফম শীনবীখিবা খোংজাই মতৈ-মনাওনা শোয়দনা লৌবা লাক্লগনি। মরম অদুনা, বালা ঙসিদি য়ুম্নুদা পীফম থোকপা শেল শেংদোক্লম্মী। অন্দরগ্রাউণ্ডদা লৈবা মপূরোইবনা মরক মরক্তা মঙোন্দা শেল লোন্না থিল্লকই হায়বসি য়ুম্নুনা অহৌবদগী থাজরকখি। বালা অচৌবা শেলফম অমা লোৎপদা য়াম্না হৈ-শিংখি।

বালাবু মতৈ-মনাওনা লৌবা লাক্লে। নুংশিরবা মচা নুপা অমা তম্পাক্তা পমদুনা লৈরম্বী বালাবু উবদা মখোয় য়াম্না হরাউরম্মী। খুঙ্গং অদু থাদোক্তুনা চৎকদৌরে খল্লুবদা নুংশিবা অসুম অসুম হেল্লকই, বালা কপ্লম্মী।

বালাখোয় মতেক-মতেক গাড়ী তোংদুনা বোর্দর লম পাংলক্লে। লম্বীদা মখোয় খুল অমদা অহীং অমা পনখি। মথং নুমিৎকী অয়ূক্তা, খোঙনা শাংনা চৎলবা তুংদা, মখোয়গী খুন্নৌদু য়ৌরে। বালানা য়েংবদা য়ুম মশীং হেনগৎলম্লে। মহাক হৌজিক ময়ুম থুংলে খন্না হরাউজে।

নুমিৎ হুম্নি শুরে বালানা খোঙকাপ-খুবৈ অমা কাম্থোক্তুনা মচা শেন্নদুনা লৈরকখিবা। মহাক্কী অন্নাৎ-অপা য়ুম্নু নুপীনা য়েংশিনবীরি।

নুপীদুনা হায়, " অসুক য়াম্না নুংশিখ্রবা মচাসিবু নোংমতা য়েংবা লাক্তবা মপাদু পুকচেল ওম্থোক্লা কনখ্রেদা। খঙদ্রেকো নখোয় অন্দরগ্রাউণ্ডগী শাজৎসি। "

বালা নোকপদা মীৎলুদদি ঈহৌরকই।

" মচাবু নুংশিদবা করম্বা জীব লৈবগে, ইতা? "

" নহাক্কী নুপাদগীদি খুদম ফংদেদা। মাবু লাকপ্রনে? "

" মহাক অথাপ্পদগী লোন্না য়েংলি। "

বালাগী পি মতূম মতূম লৈমায়দা তারম্মী। মদু উবদা মতানা ব্বারী থৈনবা হোৎনরকখি।

" নহাক্লা কেনন্দা লৈপ্রিঙৈদা মৈতৈ লালহৌবা কাঙলূপ অমগী সিফাইশিং য়ুমসিদা অনীরক লাক্লম্লে। মখোয় নঙবু থিরকপনি। "

" করি হায়রম্বগে? "

" নাইতোম চৎপী, খূৎলাই পায়বী নুপী অমা য়ূমসিদা লৈরম্লা হায়না হংলম্বনি। "

" নখোয়না করি খুমখি ? "

" অহীং অমা লেক্লম্মী, নোংঙানবগা থোকখ্রে, মায়কৈ খঙহৌদ্রে, অসি নত্তনা করি খুমগনি। " মহাক ঙাইহাক খল্লগা নুংঙাইতনা মখা তাই, " ইতা, ঐ ব্রা অমা হায়গে, নঙ শাউগনু। "

" করিনো হায়য়ু। "

" নঙ হৌজিক কদায়দা চৎকনি? নঙগী নুপানা লৌরগদ্রা? নখোয়গী কেম্পতা চাজেনবীশিং লৈবা য়াব্রা? অঙাংসি করম্না য়োক্কদৌরি? মদু খনবদা ঐ য়াম্না ব্রায়। নঙ সরেন্দর তৌখ্রো, অঙাং অসিবু নুংশিদব্রা? "

বালা উপায় লৈত্রবগুম মতাদা য়েংলগা নোক্লম্মী।

ঙসিদি বালা চৎথোকপা হৌরে। নুংথিন্দু মহাক্লা য়ূমশঙবগী থবক তৌহৌরি। হনুবীসু মচা-মমৌগী মতেং পাংবা চৎখ্রবনি। মতম খরগী মমাঙদা চেৎনা লোৎলম্বা পোৎ-চৈ বালানা লৌরুরে। কলম অমসুং দায়রী পায়হৌরগা অতৈ পোৎশিংদি য়েনখা ইবক্তা লোৎশিল্লম্মী। নমদা তৃল্লিবা মচাবু থারগা মতম্পাক্তা পমদুনা মহাক করিগুম্বা খরা ইনবা থৌরাং তৌরম্মী।

বালা মপারীগী চেংলৌ মুন্না য়েংঙি। কলম পায়খত্তুনা দায়রীদা মপারীগী মমিং ই; মদু ঙসি মহাক্লা থোনবনি। মুন্না খল্লগা থোনখিবনি – ' অহিংবা '। অহিংবগী মমা-মপাগী মমিং ইরকই। তুংদদি থম্মোয়নুংদগী থোরকপা নুংশি-নুংশিরবা ব্রাহে কয়া ইন্নরক্লে। মচাগী মশক চীংনা চীংনা য়েংলুরগা লোইনাইদ্রবা পিগী ঈফুৎ কলমদগী চেম্ভরক্লি।

নুমিদাংগী চাবা থকপা লোইদুনা রেদিওগী পাউ তারিঙৈদা বালানা য়ূম্বু মতৈ-মনাওদা লূপা লীশীং মঙা পীরম্মী। মখোয় য়াম্না হরাউখি। বালানা য়ূমসি কৈদৌঙৈ থাদোক্কুনা চৎখিগদৌরিবনো হায়বদু হংনিংলক্লবনি। য়ারোই খঙলবসু খামদুনদি থম্মীংলি।

বসন্ত ঋতুগী ময়ায়দনি। নোংঙাল্লমদাই মতমদদি ওখাক ঈংলি।

থারবা লৈচিলনা কুপখিবনা মালেমগা অতিয়াগা খাইদোক্লবা ৱায়। চীং, উমং অমসুং তম্পাক শক্তম অমত্তা ওইনা উই। মপান থোক্তুনা মায়কৈ মরি লৈদুনা য়েংলুবী বালা চঙলক্তুনা মচাগী ফৈজুপ শেম্বীরম্মী। অমুক থোরক্লে। মমায়-মমীৎ তাথোকপনচিংবা তৌগদবা থবক মথং মথং পাঙথোক্লম্মী। ইরক্তা লোৎপা অচৌবা পোৎয়োম লৌথোক্লুরে। অচম্বা কুকি ফিজোলগী মহুৎ কম্বেৎ ড্রেসনা শিল্লম্মী। অশাংবা শম চেৎনা পুল্লগা ক্লিপ তরুক্লা ফাগৎলি, টুপী উপশিল্লি। খোঙগী বুট, খ্বাংগী পেটি ঙসিদি অমুক হল্লক্লে। ফি অমসুং পোৎলম খরা শউনগী খাউদা হাপ্লগা মহাক ইমুংদা চঙলকখি।

বালা নুংঙাইনা তূল্লিবা মচাবু লৌখত্তুনা তেরা ফিগী ফুরিৎ খোঙগ্রাউ শিনবীরম্মী। মচাবু নমদা চেৎনা পোশিল্লি। থবক কনবা য়ুম্মুশিং নোংঙাল্লমদাই নুংঙাইনা তূমথবা মতম্নি। হৌজিক বালা মপান থোবক্লে। থোঙ তপ্পা ঙাশিল্লি। মহাক হেন্দগ্রেনেদ অনী পেটিদা য়ানশিল্লবা মতুংদা শউনগী খাউনা ওযদা, এ. কে. ৫৬ বাইফল অতেনবদুনা য়েংতা, শ্লীং কৌনা শেল্লগা য়ানশিল্লে। মথক্তা অথাবা ঙবোং অমা ইনশিল্লগা চৎনবা থৌরাং লোইববদা য়ুম্নুগী মীশিংবু লোন্না বিদায় পীরম্মী।

বালা মমায় নোংপোক ওন্না চৎপা হৌই। অকোকপা লম্বী য়েংঙি। নোংঙান্দ্রি, লময়েনশিংনা অৱাই-অখুমদা খোংবা লেপত্রি।

নোংঙাম্ভোরকপগা বালা অকোকপা লম্বী থাদোকই। অখুবা লম্বীদা, লৈচিল মরক্তা, নাক-য়েৎকী লাংদা পকপা লিক্লানা চোত্তনবা হোৎনদুনা চৎখিবদু মঙম ইশান শান্দে। পূং অমবোমগী তুংদা নুংশা থোরক্লবদা উ-ৱা, চীং-তম্পাক অমসুং অতিয়া শেংনা উবা ফংলে। অদুগা মহাক মায়কৈ লেপ্পসু ফজনা ঙল্লবনি। মহাক্কী খোঙকাপ খরা য়াঙখৎলে। পঙ্খুং তানবদা মহাক চোকথবা লৈত্রে, অরাম-খৌরাংবা ফাওদে। অদুবু, মচাগীদমক খল্লগা মহাক অনানবা নূংপাক অমদা ফমথরম্মী। বিস্কুইট খরা চারগা বোটলদগী ঈশিং থক্লবা তুংদা মপুক লাল্লবা মচাবু খোল্লাং মায়োক্লহনবা লোইরে।

নুমিৎ ৱাংলে, পূং মাপল তারে। বালা শান্তনুগী য়ুম উরে। মহাক উমংগা তাইনবা শম্বল নক্লা চঙশিল্লি। মহাক অৱাবা কাউই, মীহুন্দি

পৌখৎলকখি। নারক-মোংশোং লিত্তুনা শান্তনুগী হিদেল্লোমদা নকশিল্লম্মী।

তাঙ্গা য়েংবা ওইনা ঙাইহাক ফম্মী, মচাবু খোল্লাং মায়ওক্লুহল্লি। মপি খাম্বা ঙমদে, স্বর ফুনগৎলকখি। হিক্রা হিক্রা মচীন্দগী থোকখি — 'ইমাগী ইবুংঙো! পেল্লা থকহৌরো! মসিনা অরোইবনি!'

বালা থৌনা খোমজিন্দুনা অহাঙবা বোটলদা খোল্লাং শুল্লম্মী। মদুদা মচাগীদমক যুগ কয়াগী পাঙ্গল হাপ্লীনবা ঈশ্বরদা হায়জরম্মী। অদুগা লোয়ননা লাইশোনগুল্লবা ঝাহে কয়াসু হায়দোকখি। মপূক থল্লবা অঙাং তম্পাক্তা কন্না তূমথখ্রে।

মচাবু, খাউদগী লৌথোকপা অনৌবা ফিজোল অমুক শিনবীরগা, লাইবক্তা হন্না হন্না চুপ্লম্বদগী বালা ফং শাগৎলকই, মপি তৈথোক্লম্মী। কুইনা পম্ভবা য়াদ্রে খল্লক্লে। মহাক লৈমায়দা ঙবোং থারগা মচাবু হিপহল্লি। নক্লা হৌবা হৈগ্রু পাম্বী অমগী অনেম্বা মশাদা নাউহোংনা নাউশুম শেল্লম্মী। অঙাংবু নাউশুমদা ঙবোংগা লোয়ননা থাঙ্গৎলি। মতম কুইনা শেন্নরক্লবা শেল অমসুং দায়রী য়াওবা খাউদু হৈগ্রু মখোঙদা থল্লম্মী মদুগী মনুংদা ইন্দুনা সিবীবা খূদোপসু হাপখ্রবনি। অশাংবা উরী খরা শল্লগা নাউশুমদা পুনশিল্লি। হৌজিক মহাক মচাগা কায়নবা মতম ওইরে। পাম্মুরবা থব্রায়দুবু হন্না হন্না নানবীরগা বালানা হায়রকখি — 'নঙ হিংগদবনি।' অদুগী তুংদা মহাক থাপ্লা হন্দোক্তুনা ইরক্তা লোৎলম্মী।

ইকুই-কুইদনা অঙাং নুপা মচা মরি তুরেন্দা ঈশিং শোকপা চেম্বরকপা বালানা উরে। মহাক স্বর শাংনা হোল্লি; নাউশুমদা পুনবা উরীদু কন্না কন্না চিংলম্মী। অঙাংনা 'হঙা-হঙা' কপ্লকপগী খোঞ্জেল তারে। তুরেল খোঙনুংগী নুপামচাশিংনা খোঞ্জেন্দু তাবদগী লৈনা য়েংনরম্মী। মখোয়না হৈগ্রু মশাগী নাউশুম উখ্রে। মখোয় অঙাং কপফল্লোমদা চঙশিনবগী মহুৎতা যূল্লোমদা চেনখি। অঙাং কন্না কন্না কপহৌরি। অদুবু বালা মচাদু শোয়দনা হিংলগনি খন্না উমংদুদা খরা খরা লাপথোরকখি।

অব্রাং-নোংচুপ পাংনা লাকখিবা বালা য়াচংবা মতমদা ম্যানমারগী

হায়রে লাম্বোক্তুনা লোন্নবা ঙমখৈদা চৎলম্মী। লৈবাক অনীমক্কী মীশিংনা অখাকপা লৈতনা উ য়াম্থেক্লবদগী ইকোক কোক্লবা মফম অমদা মহাক অসুম চৎলি। শিংলকপা নুংশিংনা ঈংবগী চাং হেনগৎহল্লি। হৌজিক মচা অপিশক অদু কনানা কোনবীরমগনি খল্লুবদা মহাক অঙাওবীগুম চপ-চপ লেপ্লম্মী। অদুবু, মহাক চত্তবদি য়াদে।

অহীং ওইশিল্লক্লে। মহাক উরক্তা মৈঙাল অমা উরম্মী। মপা য়েংদুনা লেপ্তুনা চঙশিল্লি। মপোৎ থন্না হাপ্লা শক্তিমান গাড়ী অমগী ময়াদা নুপা মরি চাক থোংদুনা লৈবা উরে। মখোয় মফমদুদা য়ারেক্কদবা মাল্লি। বালা রুমালনা চীন-নাতোন খুমদুনা শক লোৎলগা চাক থোংফমদা লাকখি। লালহৌবশিংগী হিসাব-পসাব ফজনা খঙলবা উ চিংবশিংদুনা ফি অমসুং চান-থক্লবা ফজনা শেন্নগা পীরকখি।

বালা অহীংদা চৎপা ব্রামল্লকপদগী চীংশু পাম্বী অমদা ঙাদুনা ফন্নগা উচিংবশিংনা পীরকপা ফি ইন্দুনা নোংঙানবা ঙাইরম্মী। অহীং চুপ্পা মীকুপ অমা কাউথোকপা ঙমদ্রবা মৈচাক্লা ওৎলকপদা মহাক অতৎ-অখম লৈতনা মীৎলুদগী ঈরা শিন্থখি।

নোংঙানবগা, লিক্লানা চোৎলবা ইন্নফি থাদোক্লগা বালা চৎপা হৌরে। মহাক্কী পাম্দমদি মখোয়গী অনীশুবা কেম্প য়ৌবনি। মরম অদুনা মহাক অঙম্বা চীংজাউ অমদা হাইগৎলকখি। খোঙচত্তুগী মরূপ্তি খোংলিবা উচেক-ব্রায়াশিং অদুনি হায়না বালানা খল্লম্মী।

অব্রাংবা চীংজাউ নাপোম অহুমগী লাংদাই, লোকশা মরিনা কোয়শিনবা কুংনা হৌবা মৌবী ব্রাশিংবু অচৌবা খাঙ্গা, য়াঙৌ, চীংশুশিংনা কুপশিল্লবা মফম অমদা মখোয়গী অনীশুবা কেম্প লৈ। মফমদু য়ৌরগা পার্টিগী অহলশিংদা হায়রুগদবসি করিনো, বালা ইকাইবনা মায় উৎপা ঙমগদবা মানশিল্লক্লে। ব্রাখল অদুনা মচাবু ঙাইহাক ঙাইহাক কাউথোক্লবা উপায় অমদি ওইরি। অয়াম্বনা ইন্দু মখোয় অনীগী মরীদা চিংনবা খরা নত্তনা হৃকচিনবা ব্রাফমদি খঙখিবা নত্তে। অদুবু, মৈবু কয়া কুইনা ফিনা কুপ্তুনা থম্বা ঙমগনি। অহলশিংনা হংলক্লবদি অশেংবা ব্রাফম লোত্তুনা লৈবা

য়ারোইদবা মতাং য়াম্না লৈরিবনি। অচুম্বা পাউখুম পীদুনা পার্টিগী চৈরাক লৌরগে হায়না মহাক চপ চানা লেপ্লম্মী।

লৈচিল তাকখ্রে। নুমিৎনা চীংদোনশিংদা সনা চাইখাইখ্রে। মহাক মায়ওন হোংদনা, অবাংবা চীংশাং অমা লাম্ছোক্লবা কন্না হোৎনরম্মী।

নুমিদাংবাইরমদা বালা থোইদোক হেন্দোক্লা বাংবা চীংদোন অমা য়ৌরক্লে। মফম অদুদগী লেপ্তুনা চৎলবদি পৃং অনীগী মনুংদা মখোয়গী কেম্প য়ৌরগনি খল্লম্মী। মহাক কেম্পনা লৈবা মায়কৈরোমদা লাপ্লা য়েংলম্মী। মহাক ইঙক ঙকই, নীংবসু য়াম্না কায়খ্রে। কেম্প লৈফম চীংগোল্দুগী শকফম ওল্লম্লে। অনেম্বা উপাল-বাপাল, নারক-শীংলক্তগী হেন্দোক্তুনা বাংল-বাংলবা উতোন লোম্না মৈনা চাকখ্রে। থাপ্লা য়েংবদা, অশংবা উমংগী মহৎতা পামগী লৌকোন অমগা পাংখক ওইরবনি। অকোয়বা চীংমায়শিংদসু নাপু মচুগী পন্দুপ পন্দুপ উরে। অকনবা লাল অমা থোক্লল্লগনি। মখোয়গী কেম্প থুগায়খ্রে। মদু উবদা বালাগী থম্মোয় কায়খি, হায়ঙমদনা বারম্মী। থেংনখিবা লান্দু মচাদি ওইররোই। থোক্লমগদবা অমাঙ-অতা, মাঙলমগদবা থবায় কয়া মহাক অসুম ভাবনা শারম্মী। মখোয়গী মী অনকপা মফম অদুবাইদা লৈরমখিগনি হায়বা থাজরক্লে। মরম অদুনা মাঙলোমদা চঙশিনবগী মহৎতা মহাক য়েংলোমদা, চীংয়াং লম্বী ইন্দুনা চুমদ্রিং হাইথরকখি।

হৌজিক অনীশুবা কেম্প হোংখ্রে হায়বা খঙলবসু বালা মফম কদায়দা থিরগনি। মখোয় ম্যানমারগী লমদা লৈরমগদ্রা নত্তগা খেংজোই চীংশাংগী মফম অমদা খাঙলমখিগদ্রা? মহাক্লা থাংলকখিবা খোঙ পান্দম য়াওদ্রবনি। অদুম্নদি ওইরগা, মহাক্কী পার্টিগী অহলশিং উননীংবগী খৌরাংবদি লৈরি। মহাক্কী মরাল হায়দোকচবগী তাঞ্জা অমত্তং ফংবা পামখি। মহাক চৎনা চৎনা খল্লি — ' অহানবা কেম্প য়ৌনবা হোৎনবদা য়ামদ্রবদা থাখায় অমরোমদি চঙগনি। অহুমশুবা কেম্পনা খরা নকই, নুমিৎ মঙানিগী মনুংদা থুংবা ঙম্বা য়াই। মায়কৈ অনীমক্তা, মণিপুরগী লমদা অমুক, ম্যানমারগী লমদা অমুক চৎত্রবদি থুনা য়ৌরোই। লুরিবদি, মহাক নাইতোম তারিবসিনি। অমগী খোঙচৎ অশিবা নঙঙি হায়নৈ। চরা হেল্লগা চৎপসু

ঙম্লোই।

লৈথোকপা ঙমদবা ব্রাখল অমনসু বালাদা ব্রারেপ লৌনবা কন্না তকশিল্লক্লি। — ' পার্টিনা ঐবু ঙাকপীফম থোক্লিব্রা? ঐসি ইশাগীতা য়েংবীনি, পার্টিগী শেংলবা চৎনবী মাংথোকখ্রে। মীয়ামগী নোক্লফম ওইরবনি। মমল য়াল্লবা, পাম্মুরবা ওফিসর ইন্দু অমসুং লানঙম অমনা খূৎলাইগা লোয়ননা মাঙখিবগী দায়িত্ব ঐনা পুগদবনি। শেংনা হায়রবদা ঐ পার্টিদা মায় উৎফম থোক্লবনি। লঙজখিবা ইরালগীদমক, ইমাগী নাক্তা হনখিনবা য়াথং পীরক্লবদি করি থোক্লনি? মরাইবক থীরবী কয়ানা য়েক্লবা পুলিস অমসুং সিফাইশিংগী শারাক তম্ফম ওইরল্লগা পুক্সি কেম্লখিবগী থৌদোক অদু মায়োক্লরুরো হায়না থাদোরকপগা করি খেন্নগনি? ঐ মীয়ামগী ব্রারীনফম ওইজনীংদে। মপোক অসি চিকমাংনখিবনা য়াইফরবনি, ইপুরোইবগী আত্মানা মদুদতা লৌখৎপীগনি।'

পূং অমরোম অসুম ব্রাখল তৌনা তৌনা লাকখিবা বালা চীংখোঙ বোর্দর য়ৌগদবা লাপশিল্লক্ত্রে। মহাক উ-য়ানবশিং উনবগী আশা তৌরম্মী। মখোয়গা থেংনরবদি পাউ খরদি শোয়দনা ফংগনি। মখোয়দি লালহৌবশিংগা তোয়না থেংনৈ, চৎথোক-চৎশিন লম্বী খঙঙি। মতাং মতাংদা মখোয় মরূপ ওইদবা য়াদে। মরম অদুনা মখোয় লালহৌবশিংগী লৈফম ফাওবা তাকপা ঙম্বনি। বালা ব্রাফমসি নীংশিংদুনা অকোকপা মফম খন খন্দুনা চুমদ্রিং লাকই, মঙোন্দা অকিবা নত্ত্রগা হঙ্গোয়বা করিসু লৈখিদ্রে।

বালা তম্পাক তারে। নুংশা নেমথরক্লে। অরাম-খৌরাংবা অমসুং চোকথবা কা হেন্না ফাওখিদে। মহাক নূংজাউ মরক্তা অপিকপা খোঙ লম্বী ইন্দুনা চৎলম্মী। বোরোই মখোঙ উরুম অমদা মহাক ঙাইহাক ফম্লুরে। মহাক্কীদু পোৎথানবা নত্তে, অনাবা খাঙবনি। লূম্বা হেনগৎলকখিবা ওয়-য়েৎ থবাক অনীমক য়াম্না কন্না চিকখৎলক্লে, খাঙবদা হুমাং শ্বাই শ্বাই কারক্লবনি। চৈনাসিনা মচা নুংশিবগী মৈশাসু কনখৎহল্লি। মপুক লাল্লবা মচানা ওন্না থোইনা কপ্পদু মমীৎনা উরক্লে। মহাক ফুক হৌগৎলম্মী। হৌজিক্তি মহাক্কী মীৎতা মায়কৈ পুম্নমক ইহাঙ হাঙলবনি। অদুবু নোংমৈ

পায়বগী চেকশিনবদি হেনগৎলকখি।

মিনিট কুমলোমগী তুংদা বালা উমং কোকথোক্লগা ইম্খোল শেমদোক্লবা মফম অমা ফাওদুনা চৎলম্মী। অনকপদা খুলদি উদে। মহাক তুরেল মচা অমদা অমুক কূমথরক্লে, মল্লবা খোঙ লম্বীদু থাদোক্তনা ইল্লি। য়াম্না লিক্লা, ময়াং কংনা, চেল্লিবা ঈচেলগী খরা লুবা মপা অমদগী থক্লে খন্দুনা খূজোক্লা কনখৎলুবা ঈশিং চীনবানগা শোক্লবদি ঙমখিদ্রে। মচানা করি থক্লমগনি খল্লুবদা ঈশিংদু নূংথক্তা চাইথোক্লল্লে।

বালানা তুরেল লান্দুনা অঙন্বা লৈবাইদগী কাখৎলকপদা অৱাংবা শগাই অমা উরম্মী। মদুগী মথক্তা লেপ্পা সিফাই অমনা মঙোন্দা দুর্বিন থান্দুনা য়েংলি। ইহাঙ হাঙবা চীখোঙ লমদম অদুদা নৌনা থুংলবা সিফাই কেম্প অমা লৈবদু বালা ময়েক শেংনা উবে। বালানা কাখৎলকপা মপাদা ফুট কুন্থ্রারোম চুক্তি যুংলগা য়োৎলী তিংখং খাবা থুংলমদ্রি। শগাইদা লেপ্লিবা নুপাদুনা মখা বঙ্করদা লৈবা সিফাই অনীদা ৱা খরা হায়খ্রে। বালা ঙকচানৈ, অকিবদি লৈতে। তপ্না তপ্না চঙশিল্লি। শগাইগী সিফাই কূমথরগা বঙ্কর মনুংদা চঙখ্রে। লানফম খুদিংমক্তা পোল্লোই তাল্লুবা তৌদনা হন্দুনা চেনবগী ট্রেনীংদু বালা ঙসিদি নীংশিংলুদ্রে। তুংলোমদা মমায় লৈররোই লেপখ্রবনি। মহাক অচৌবা উচুক অমসুং নূংশিংগী মকম থুপ্তুনা, ফমশীত্তা খরা খরা চঙশিন্নবা হোৎনৈ। অতোপ্পা বঙ্কবদগী লাউখিবা তায় — " দোস্ত ফায়র, গোলী মত চলাও! " মীকুপ অমগী মনুংদা টেন্টশিংদগী খূৎলাইগা লোয়ননা চেঙ্খোরকখিবা সিফাই পূন্নমক মফম চানা লৈনখ্রে। বালা উপ্রাক্লা পোজিসন লৌবা ঙমদে ; থবাক অনী কায়খ্রবগুম নাবম্মী। মদুনা মঙোন্দা থৌনাদি হাপ্লি। হৌজিক মহাক নোংমৈ কাপশিনবা হৌরে — ' দ্রর-দ্রর '। মহাকী নোংমৈ মরূ তরানিথোইখক্তনি হাযবা বালা নীংশিংঙি। মহাক অনকপা বঙ্কর তম্না হন্দকসু মরূ অনী কাপশিল্লি। য়েক্লবগী মায়কৈদগী খূৎ হল্লক্লে। মহাক মদুদা ঙক্তে, থক্কৎপসু তৌদে। লাংদা থুরবা, নাইতোম তারবা নুপীবু য়েক্লবা সিফাইশিংনা অশোক-অপন নংহন্দনা চঙনা ফানীংবা মহৌশানি। কান্নদবদা মরূ মাঙহল্লরোই খন্দুনা মহাক ঙাইহাক য়েংলম্মী।

" সরেন্দর! সরেন্দর! " বক্করদগী লাউরকখি।

বালা ফুক হৌগৎলম্মী। মরূ অনী অনীগী বষ্ট কাপ্তুনা হোৎচিল্লী। সিফাইশিং লাউ-খোংনরকখি। বালা বক্করগা মিটর কুল্লোমদা লাপ্পরে। মহাক নুংগী মরূমদা থুপ্পি, অরোইবা মরূ অনী কাপথোকখ্রে। হৌজিক্তি নোংমৈদু নুংনা হেন্না কান্নবা খুৎলাই ওইরবনি, থাদোকপা তারে। মহাক মখুৎ য়েৎ-ওয় অনীমক্তা পিন শৎলবা গ্রেনেদ অমমম পায়রম্মী। য়াম্না নিঙাইদনা নুংদা ঙারগা ফল্লি। কেম্প মী অমত্তা লৈত্রবগা মান্নে, পূমচিক চিকই। বালা হুম্থবা লাল পামদে। য়েক্লবা সিফাইশিংগী ব্রাখল তুকচে। মহাক বক্করগা খরা নকশিন্নবা হোৎনবদা মিটর অহুমগী লমদা চোংশিন্দুনা অতোপ্পা নুংজাউ অমগী মরুম অমুক থুপ্লম্মী।

কমাণ্ডরনা লাউখ্রে — " ফায়র! "

মফম কয়াদগী কাপ্লকখ্রে — দং-দং, দং-দং, হুইস, হুইস। নুংদা য়ৈরবা নোংমৈ মরূশিংনা নাকোং চেকখাইগদৌরে। বালা হৌগৎনবা তাঞ্জা ইফং ফংদে। মহাক্কী ব্রাখল য়েক্লবনা খঙখিবদু নুংঙাইতে। অব্রাংলোমদগী সিফাই অনীনা কাপ্লকপা হৌরে। মহাক থুপফম লৈত্রে, কুইবা য়াররেই। বালা ওয়গী মখুৎ মথানুংদা থল্লগা ফুক হৌগত্তুনা য়েৎনা পায়বা গ্রেনেদ বক্কর তম্না লংশিল্লম্মী। নোংমৈ কাপ্লগী খোঞ্জেলগী মথক্তা সিফাইশিংনা লাউনরকখিবা তারগা অকনবা লাল অমদি থোকহল্লে হায়বা খঙলম্মী। পোদ্রোক-পোদ্রোক, পোদ্রোক-পোদ্রোক নোংমৈ মরূনা কবোক পোকখ্রে। বালা তপ্না ফমথরকই, মশা পূম্বা য়েক্লবগী নোংমৈ মরূনা য়োমশ্লবনি। মহাক্কী গ্রেনেদ অনী পোকখাইবগী অকিবা ফংলবা খোঞ্জেল — দ্রুঙ, দ্রুঙ অদুবুদি মহাক তাবা ফংজখি, নোকখি।

# ৪৪

প্রিয়া দিল্লীদগী হল্লক্তুনা মণিপুর পুলিস সার্বিসতা অমুক লৈরকপা থা অহুম ফারে। মহাক পুলিস হেদ ক্বার্টসতা ইন্দিয়ান গবর্নমেন্টকী হোম দিপার্টমেন্টকা মরী লৈনবা কেশ কয়াগী ফাইল পায়বা এস. পি. ওইরি।

প্রিয়া ঙসিদি য়াম্না লাঙতক্লে, ওলাং-খোইরাঙঙি। অব্রাবগা নুংঙাইবগা চয়েৎনরি। মহাক্না দি. জি. পি.গী মতেং লৌদুনা হায়জখিবা ব্র াফম হোম অমসুং দিফেন্স দিপার্টমেন্ট অনীমক্না তাবীরকপগীদমক পুক্নীংদদি চাউথোকচে, য়াম্না হরাউরম্মী। মসিগী ব্বারোলনা হৌখিবা নুমিৎ নীনি-হুম্নি দি থম্মোয়বু মকা য়াম্না লামহনখি। অদুবু, অয়ূক ঙন্তা মোরেগী এস. দি. পি. ওনা পীরকপা পাউ অমনদি মহাকপু য়াম্না ব্বাহল্লে। মহাক্না মতম খরগী মমাঙদগী ওফিসর অসিদা মথক্লোমগী অমদি লন্নাই মশাগী কেশ কয়া শিন্নদুনা লাকখি। মখোয় অনী লেপ্তুনা পাউ চৎনরকখি। ঙসি লাকখিবা ব্বায়রলেস সেটকী ব্বারোল অসিসু এস. দি. পি. ওগী টেলিফোন কোল ব্বারী অমনি, ময়েক শেংনা হায়রকখি।।

—' মেদাম, ঐ ঙরাং নুংথিল মোলচাম অমসুং নিউ সোমতালগী মরক্তা, বোর্দর চীংখোঙ অমদা নৌনা হাংদোকপা আর্মী কেম্প অমদা চৎচরুই। লালহৌবশিংনা কেম্প অদুদা এটেক্ট তৌরকপদগী মীশি-মীনা থোক্লে হায়বা পাউ অমা ফংবদগী চত্তবা য়াখিদ্রে। ঐ মফমদুদা খরা থেঙনা থুংলে।

ঐনা মফমদু য়ৌখিবদা মখোয়গী বাটালিয়ান কমান্দেন্টসু লৈরম্লে। মহাক্কী ইনকারী চৎথরম্বা মতম্মক্কি। অদুগা লোয়ননা খুদক্তা পাইরক্কদবা হেলিকোপ্তর অমসু ঙাইরম্বা ওইনা তৌই। মহাক্না তোয়না হংখিবা ৱাহংদি — ‘ নুংথিল পোবোপ্তা চঙশিল্লকপা শুপ্পগী সিফাই অমনা অসুক চাউবা অমাঙ-অতা থোকহল্লম্লিবসি করিগীনো? লান্দারকখিবা সিফাই অদুনা নুপী ওইরমদ্রবদি জৱান অনী শিরিবা, অহুম্না শোক্লিবা থৌদোকসি থোক্লমগদ্রা? ’

ৱাহংসিগা লোয়ননা মথক্তা ইনকারী য়াম্না চৎথরক্কদৌরে খঙবদগী কেম্প কমাণ্ডর মেজর অদুগী মায়থোং ইমক মকশিল্লি।

ঐগী ইনক্কারীদসু কমান্দেন্টনা ফজনা তেঙবাংবীরকখি। লান্দারকখিবা সিফাই অমত্তনি হায়বা চুম্মী। মহাক্না পায়রম্বা খূৎলাই এ. কে. ৫৬ রাইফলনি। মরূ তরানিথোই কাপখি, অহাঙবা কেসতগী খঙবনি। তুংদা গ্রেনেদনা লান্দারম্বগী খুদম লৈ। সিফাইদু নুপীনি হায়বদগী হেন্না মশক খঙবগী ৱাদি লৈত্রে; হকচাংগী শরুক পুম্নমক মতৎ-মতৎ, ইচাই চাইরে। মমায়, মমীৎ, না, নাতোন অমসুং চীনবান য়েংফম অমত্তসু লৈত্রবনি। অদুবু ফুরিৎখাউ পানবা মহাক্কী খোঙগ্রাউ মচেৎ অমদা ফোটো অমদি য়াওরম্লে। মদু ঐনা পুরকখি।

হকচাংগী শরুকশিং অদু ফজনা খোমজিন্দুনা ফোটো অহুম নম্লবা তুংদা, ঐনা হায়জবদগী, পেট্রোল হৈজিন্দুনা মৈ থাদোকখি।

মেদাম, ঐ অহীং অথেঙবদা মোরে থুংলখি। ফোটো পুথোক্তুনা ঐগী মীশিংদা য়েংহনবদা মশক খঙবা য়াওরম্লে। মন্ত্রী পুন্নীদগী বালা কৌবী চহী খরগী মমাঙদা শিল্লোংদগী মাঙখিবী লৈশাবী অদুনি হায়নরকখি।

মেদাম, অতোপ্পা ৱাফম অমনা, মোরেগী পুলিস টিম অমসু ঙরাং নিউ-সোমতাল চৎলুই। মখোয়না পাউ অমা পুরকই। লালহৌবা য়াওবী, বালা কৌবী নুপী অমনা মশামক্কী মচা, থা অহুম্লোমগী অঙাং অমা থেনয়েল কৌবা খুলগী মনাক্তা, তুরেল মপান্দা হুন্দোক্লম্বগী থৌদোক-ৱারোল ম্যানমার সিফাইগী পোষ্ট কমাণ্ডর অমনা তম্লকপনি। অঙাংদুগী মপাগী

মিং ইন্দু কৌই হায়।

অদুগা মেদাম, ঐনা নহান মমাঙদা পীজখিবা পাউগী প্রোগ্রামদি অহোংবা লৈতে। অদুবু লাক্কদবা অঙাংগী মশীং অমা হেনগৎলকপগা লোয়ননা ইটালীদগী য়ুনিসেফকী ওফিসর অমসু য়াওরক্কনি।

থমজরে, মেদাম। ওবর। '

পুক্নীংগী লাংতক্লবা ফাথদুনা প্রিয়া পূং তরা তাবা মতমদা শকুন্তলাদা টেলিফোন তৌরম্মী। মরোন্দি — ' শকুন্তলা, ঐ ঙসি নুংথিল পূং অনী তাবা মতমদা ককচিং চৎকদৌরি। মফম অদুদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাউ, জাপান লানগী মতমদা শিজিন্নরম্বা মল্লবা এয়রপোর্ট অমা লৈ। মদু হৌজিক্তি সিফাই য়ুনিট অমগী বাটালিয়ন হেদ ক্বার্টর্স শেমগত্তুনা চেকপল-শম্বলনা খাজিনখ্রে। হেলিপেদতা ম্যানমার বোর্দরদগী য়ুনিসেফকী পাউজেল পুবা মী খরা হেলিকোপ্তরনা পুরক্কদৌরি। মখোয়বু আর্মী অমসুং পেরামিলিটরী ওফিসর খরনা ওকপদা ঐসু য়াওরুগদবনি। লাক্কদবদুগী মরক্তা শান্তনু য়াওরি। মহাক্না অঙাং ময়াম লোয়নরকপদা নুংশিরবী নচানুপী বালাগী মচাসু য়াওরক্কনি। নহাক ঐগী ৱাসিদা য়াম্না ঙক্লমগনি। ঐনা খনবদা নহাক নশুদুবু, লোয়ননা শান্তনুবু য়াম্না উনীংলম্ফম থোকই। নহাক মতম ফংলবদি ঐগা লোয়ননা চৎলুসি, থৌরাং তৌবীরো। নহাক্না হংনীংবা, খঙনীংবা য়াম্না লৈরে, পূম্নমক্তু কোন্না ৱারী শান্নরসি। ৱারৌগনু, ঐ থবক য়াম্না চিনবদগীনি। থমজরে। '

পূং অমা তাদ্রিঙৈদা শকুন্তলা প্রিয়াগী ওফিস য়ৌরকখি। মহাক অকুপ্পা ৱারোল কয়া হংলুরগে, খঙলুরগে খল্লকপা মাল্লি। এস. পি. হায়নীঙাই লৈতনা থবক চিনবা মতম ওইরিবনা মহাক্কী অপাম্বদু থুংহনবা ঙমখিদ্রে। মঙোন্দা ঙাইহাক ফমদুনা ঙাইবীনবা হায়রম্লগা মশাদি ৱায়রলেস সেট লৈফম কাদা চঙলকখি।

শকুন্তলা ফনা কুইনা ফম্লক্লে। মঙ-হাগুম থোকখিবনা টেলিফোন ৱারীগী মতমদা হংগদবা কয়া কাউখি। অদুগা, প্রিয়ানসু মদুগী মতম য়েথোক্তুনা থম্লক্লিবনি। ঙসি মফম খঙদনা থম্মোয়নুংদা চাউথোকচবা অমদি

ফাওরি। মচানুপীগী নীংবা থুংজরে। মানা অঙাং ইওই ওইনা শান্তনুবু নুংশিজখিবদু ময়েক শেংনা তাক্লে। অহীং কয়া তূমদনা নুংশি চিঠি ইখিবনি। মতাং অমদনা অমুক নীংবা কায়রবদা, লোন্না কপচখি। মাগী লাইনীং পারে চেৎচবগী মহে লেম্না মাঙদ্রে। অদুবু হৌজিক মখোয় অনী পূন্না লাকমিন্নদ্রিবা করিগীনো? তোয়না হংলকখিবা ব্রাহং অসিনা শকুন্তলাবু খম-থেংনা ওলাংহল্লে। মহাক লৈতাদবদু ফাথে, খল্লকখি— মপুরোইবা অমসুং মচানা শান্তিগী লম্বী থিরগা মানা খূৎলাই পায়দুনা লৈখিগদ্রা? মা লাক্লগনি।

শকুন্তলা অসুম নীংশিংলকই, থৌদোক-ব্রাথোক ময়াম। অনিসাগী মফমদা মহাক ইকাইবা য়াম্না নংশ্রে। চায়োক-নাউয়োক হৈতবা, ব্রারক-ব্রাতেম্বা ব্রাৎপদগী বালানা য়োৎচৈ- লমজৈ কানখিবনি হায়বসি অনিসানা খল্লমগদবা মাল্লি। মতম কুইনা পুরকশ্রবা ইকাইবা ময়াম অমা কোকথোক্ল বা তাঞ্জা লাক্কদৌবে খন্না মহাক নুংঙাইজবনা তু চুংঙি। অদুগা, শান্তনুবু ময়া ওইনা ওক্লুগদৌরি খনবদা মফম খঙদনা নুংদা নিক্লি, মহাক্লা হঙ্গোইজগদবদু করম্না কোকহনসিগে খল্লম্মী।

শকুন্তলাগী কোক্তা ব্রাফম অমা পাইশিল্লক্লে। মসি শোয়ফদ্রবা থবক্লি— প্রিয়াগা ককচিং চৎপদা অনিসাসু য়াওহন্দবা যারোই। চান্নবী মরূপ ওইনা ময়া নুপাগা শকখঙনহনফম থোকই। মশুবু অমুক্তং পমহন্দুনা, খৌরাংবা কয়া কোকহনবদু ঈশ্বরনা য়াগদবা ধর্ম্মনি।

মীকুপ অমগীদমক মপান থোরকপা প্রিয়াদা শকুন্তলানা হংলম্মী, " মেদাম, ককচিং চৎপসিদা ঐ ইমান্নবী অমবু য়াম্না লোয়নজনীংঙি, য়াগদ্রা? "

" করিসু কায়দে। "

" অদুদি কৌজরুখিগে। "

" খরদি থুবীরকপা তারে। "

শকুন্তলা হরাউনা চৎখি। প্রিয়া মহাক্কী কা মনুংদা থবক শূরি। মহাক ঘড়ী তোয়না য়েংঙি।

পূং অনী তারমদাইদা শাকুন্তলানা অনিসা পুদুনা লাক্লে। মখোয়

অনীগী হরাও-নুংঙাইবা অমসুং লেমজবা শকফম উবদা প্রিয়াগী থম্মোয় হেন্না-হেন্না মথূম-মরাঙ হৌরকই। নুপী অনীনসু প্রিয়াগী শুমহৎনিঙাই ওইবা মতৌদা মনাক নকশিল্লুগদবা হঙ্গোয়জে। শকুন্তলানা প্রিয়াদা চীংনা-চীংনা য়েংবগী মরম লৈ — মীৎকী কাজল, চীনবানগী লিপস্তিক ঙসিনা খরা হেন্তক উবনি।

শকুন্তালানা শক তাক্লে, “ মেদাম, ঐগী মরূপ ডাক্তর অনিসানি, খঙনবীয়ু। ”

“ নমস্তে। ” প্রিয়া তরাম্না ওক্লম্মী, “ উনবসি ওন্থোক্লা নুংঙাইজে।

অনিসা মোমোন নোক্তুনা মখূৎ লোন্নে, “ নমস্তে। ”

“ করিদা লেঙবীরকপগে? ” প্রিয়ানা হংঙি।

অনিসানা খুম্মী, “ গাড়ী য়াওজরকই, ইশানা হেক্তা থৌজরকপনি। ”

“ মদু ফরবনি। মরমদি ঐগা তোংমিন্নবদা কয়া নুংঙাইরোই। নোংমৈ পায়বা ইস্কোর্ত মরক্তা ফম্বদু হঙ্গোয়বীগনি। ”

“ খঙজরে মেদাম। ”

“ শকুন্তলা, ” প্রিয়া মখা তারকই, “ নশুবু নতম্পাক্তা পমহল্লগা ঐনা লীগদবা ব্রারী য়াম্না লৈরিবনি, ঐখোয় ঙাইহাক খাঙখিসি। ”

“ ফনি, মেদামগী থৌজালনি। ”

প্রিয়াগী ব্রাহৈশিংসিনা শকুন্তলাগী পুক্লীংবুদি খরা তপথহল্লবসু অনিসাবুদি য়াম্না ঙাইঙমদবা পোকহল্লে। মহাক্কী পুক্লীংদা তোয়না তোয়না হংলি — খঙবদা করি কায়বগে? শান্তনু হায়রিবসিবু কনানো? মহাকপু বালাগী অশেংবা মপুরোইবরা? মপুরোইবা ওইরবদি মহাক্লা মচা খক্তং পুরগা লাক্কদৌরিবসি করিগীনো? সরেন্দর তৌহন্নবা পায়খৎলিবা থৌরাংলা?

প্রিয়া কাদগী থোরকই। নুপী অনীদা ঙাইহাক্তংগা ঙাইবীনবা হায়রন্নগা দি. জি. পি. গী ওফিস কারোমদা চৎখিরম্মী।

অনিসানা হায়, “ নুপীসি লাইমা য়াম্না ফজেকো, ওফিসরদা

ওফিসর মাল্লি।”

শকুন্তলানা শমখে, “মতিক চাবী আই. পি. এস. নি। নৌনা দি. আই. জি. কাগদৌরে হায়নৈ।”

“ওইরম্নগদবা চহী মতাংগা চাংদম্নবদা ইনখৎলক্লিবী লৈশাবীশিংনবু করি হেনগনি, হয়েং ফাওবা অসুম নৌরগদবা শক্লি।”

“মহাক লৈশাবীনি।”

“ইস! লৈশাবী!” অনিসা নোকই, “অসুক মতিক চারবী মহাক্না হৌজিক ফাওবা ময়ূম পাল্দ্রিবসি করিগীনো?”

শকুন্তলা লুকথখি। নুংদা নোকখিবদু মায়থোংদসু ফাওরকপ্রে। শবিনা মমা নোক্লবগী পাউরৌ নীংশিংলকপা ওইরমগনি। অতোপ্পশিংগী ৱারীদা নুংঙাইজবা তাইবং লোনচৎনি।

“মাগী মাগী ৱাখলনি।” শকুন্তলা শম্না খুন্নম্মী।

অনিসানা শকুন্তলাগী ৱাখল উই।

“মাগী করম্বা অনীংবা ... ?”

“ঐনা খনবদা, নুপা খঙদে নুপী খঙদে, থবক চিনমনবশিংসি অসুম্না হেক থোক্কল্লি। মহাক হন্দক্তা দিল্লীদগী থোরকপনি। মহাক্না ইমা-ইচাবু থৌজানগা লোয়ননা য়েংবীরকখি। হৌজিকসু অদুনি। শান্তনু থিবগী থবকসু মথৌ অমা ওইনা পায়খৎখি।”

“নত্তে, ঙাইখো শকুন্তলা, নখোয়না শান্তনু শান্তনু হায়রিবসিবু কনা করম্বা মীশক্লো? করি থবক তৌরিবগে? মহাকপু হান্নদগী বালাগা খঙনবা নুপারা?”

শকুন্তলানা পাউখুম পীনবা চীন কাথোকপা হৌরকপগা প্রিয়া হল্লক্লে। নুপী অনী মহাক্কী ৱা ঙাইবরোমদা ওনশিল্লম্মী।

“লেঙঙসি, ময়াম থৌরাং লোইনরে।” প্রিয়া মতম পাথোকপগুম ঘড়ী য়েংদুনা নুপী অনীদা হায়রকখি, “কিলোমিটর নিফুনিথোইগী লম্বীনি।”

খুৎলাই পায়বা সিফাইনা থন্না তোংলবা গাড়ী অনীনা তুং-মাঙ

ইস্কোর্ত তৌদুনা, প্রিয়া অমসুং অনিসাগী গাড়ীনা ময়ায়দা চত্তুনা ককচিং মায়কৈ পাংলক্লে। য়াঙনা লাকখিবা গাড়ীশিং ককচিং য়ৌরে। মখোয় সিফাই গেটতা চঙলম্মী। মফম অদুদা ওফিসর অমনা প্রিয়াবু ওক্লম্মী। মখোয় ইপন পন্দনা, মখা পাংনা, বাটালিয়ন ময়ায় লম্বীদা হেলিপেদ তম্না থৌরম্মী। হেলিপেদ য়ৌদ্রিঙৈ, মনীং গেটতা মখোয় গাড়ী খামদুনা কূমথরে। ওক্লম্বা ওফিসরনা মাঙ চিংদুনা হেলিপেদ তম্না চঙশিল্লি। মফম অদুদা লৈরম্বা কর্নেল অনীনা নুপী অহুম্বু তরাম্না ওক্লে। আর্মী ওফিসরশিংদু নোংচুপথংবা নাকন্দা হন্দোক্তুনা লৈখ্রে। প্রিয়াখোয়দি মখা ওন্দুনা মিটর য়াঙ্খেরোম লাপ্না লেপ্লি।

প্রিয়ানা ঘড়ী য়েংবদা পূং অহুম মখায় চপ চানা তারে। হেলিপেদকী অকোয়বদা সিফাই অনী কোয়চেন চেল্লি। মখোয় মৈখু বোম্ব অনী থাগৎখ্রে। লাংতক্ল রবী শকুন্তলানা য়েংবদা অনিসা অমসুং প্রিয়াসু মহাক্কুম তয়াং-তশোইনা উই। প্রিয়া চীংদোন লান্না মরক মরক্তা য়েংলী।

মিনিট মঙারোমগী তুংদা হেলিকোপ্তর পাইরকপগী খোঞ্জেল তারে। ময়ামদু অথাপ্পা অতিয়াদা য়েংনৈ। খা-নোংপোক মায়কৈগী অৱাংবা চীংদোন লান্দুনা হেলিকোপ্তর অনী, তুং মাঙ পাইরকপা উরে। কুইদে য়ৌশিল্লকপা। মাঙ থংবনা নোংপোক্লোমদা, তুংথংবনা নোংচুপ্লোমদা কোয়না অমুক্তং পাইরুরগা হেলিপেদতা মথং মথং তাররে। অনীমক ইন্দিয়ন এয়রফোর্সকী জাগোর হেলিকোপ্তরনি। ঙাইরিবা মীশিংদু পংখাগী শাহুম খাঙবদা চীন-নাতোন রুমালনা খুমদুনা মায় লৈথোক্লে। অদুবু নুপী অহুমদি অকনবা নুংশিৎ মায়োক্লে। শকুন্তলা নীকপতা নত্তে, চেংগুম-চেংগানৈ। প্রিয়া মাঙ থানা চঙশিন্নীংবগুম য়েংলম্মী।

পংখানা উংবা লেপখিবগা হান্না তারকপা হেলিকোপ্তরদগী সিফাই তরুক পাইলটকা লোয়ননা কূমথরক্লে। অনীশুবা হেলিকোপ্তরগীসু থোঙ হাংখ্রে। মীদি কূমথরক্ত্রি। মখোয়না ঙাইরিবা মী লাক্ত্রমাল্লে খন্দুনা নুপী অহুম মহৈ-মহৈ য়েংনৈ।

অনীশুবা হেলিকোপ্তরগী থোঙদগী মোরেগী এস. দি. পি. ওং. থোরক্লে। মহাক্কী তুংদনা য়ুরোপিয়নগী মীওই মানবা অমা, অদুদগী চহী

